# মণিপুরদা লিনরিবা রায়ীগী মহাভারত

(আদিপর্ব্বগী পূর্ব্বাদ্ধ)




—সম্পাদক—

শ্রীনিংথৌজম হরিদাস সিংহ



[ মমল কচা ৬৮.৫০

[ পাকা লুপা ২১.০০ ]

থোংদোকপা :
পৌরাণিক পরিষদ, ইম্ফাল।
কর্য্যালয় ইম্ফাল।

১বা খুৎলম
নিংশাংজবা মেয়া ওনি পানবা ভাগ্যচন্দ্র নির্ব্বান তিথি।
১৯৭৬ ইং। কোপী ১০০০।

ছাপা শঙ্কর :— দি গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস, পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# ভূমিকা

ভীষ্ম দ্রোণতটা জয়দ্রথা জলগন্ধার নীলোৎপলা। শল্য গ্রাহবতী, কৃপেন বহনী কর্ণেন বেলা কুলা॥ অশ্বত্থমা বিকর্ণ ঘোর মকরা দুর্য্যোধনবর্ত্তিনী॥ সৌত্তির্ণা খলু পাণ্ডবৈ রণ নদী কৈবর্ত্তক: কেশব:॥

## নিবেদন

শ্রীল শ্রীযুক্ত রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ মহাশয়কা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউগী নাটমন্দিরদা তেথাও থামন বারী লিবা ৺শ্রীজিউরাম শর্ম্মা কথাবচক বাচস্পতি 'না, মায়াথং মতুং ইন্না মহাভারত, রামায়ণ বারী লিবা হৌখি। মতম অমুদগী হৌনা 'বারী লিবা' কলাগী হৌঙ্কিক কাওবা লমসিদা য়াম্না মপুং ফানা মশা মরেং কন্না হিংলি, হিংখিগনি।

'বারী লিবা কলাসি' লমসিদা ওজাগী শ্রীশ্রীমুখদগী তাজরগা চিম্থাং ওইনা তম্বরকপনি, ইশিন্দুনা নত্রে। স্মরণ শক্তি শোন্থরকপনা চোয়জাইনখিগদৌরবা বারীশিংগি ছাপা নমথোক্লুনা কাওনথিদনবা অদুগা ওঝা অমগা অমগা মত খেন্নরকপবুস্ত চুমশিন্নহনা শৈরেং শেমলগা নৌনা হৌরক্লিবা মাংরান্দা শীন্নবা হাংবসি মণিপুর পৌরানিক পরিষদনা মতম কুইনগী মমাংদগী পামজরকপনি ওসিদি মহফাওনরে। মনিপুরদা লিনরীবা বারীগী মহাভারত (১বা তংখায়) লাপ্থোকচরে। অমুপ চাউরবা জ্ঞান যজ্ঞসিদা অচৌবা শরুক য়াবিখীবা ওজা বারীলিবাশিংগী মঙ্গল নাইত্রবা সহযোগ — (১) বারী পীবিরকপা (২) শেল পীবিরকপা ভদ্রলোগশিংবু, ইথোকপদা তেংবাংবিখীবা শ্রীনাওরেম মঙ্গী সিংহ (কাসিফাই), লাইব্রিকসি থোকহনবদা তেংবাংবিখিবা শ্রীফুরাইলাৎপম জগদীশ শর্ম্মা (শয়াং পুত্রী) প্রুফ ককপদা থৌদাং মায়পুননা য়াবিখিবা গান্ধী প্রেস, অমসুং শেল তেংবাংবিরকপা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমী ময়ামসিদা, মনিপুর পৌরানিক পরিষদনা তৌবিমল থগুবা উচ্চরি অমসুং ময়ামসিগী লম্মন তোল্লবনি।

অরোইবদা থোইদোক্না শীংথাজনীংবনা মনিপুর পৌরানিক পরিষদ অসি লিংখৎলকপদা মাগী পাওতাক পীদুনা তেংবাংবিখিবা ভদ্রলোক শ্রীব্রজবাসীময়ুম মনিন্দ্র শর্ম্মা সাহিত্য ব্যাকরন শাস্ত্রী [এলাংবম লৈকাই]গী মফমদা পরিষদনা কৃতজ্ঞতা ফোংদোকচরি। ফোংলিবা গ্রন্থ অসিমকী পরিকলপনা তৌরকপা অমসুং ছাপা তৌদুনা পুথোকপা ফাওবদসু ভদ্রলোক অসিনা অচৌবা সহযোগ পাবিখি অদুগা পরিষদনা মথা চথরককবব অতৈ থবকশিংদসু মহাকী মতেং ফংখিগনি থাজৈ। শ্রীশগী উজ্জল ভবিষৎপু জগৎকী মপুদা নিজরী।

নিবেদক—

পরিষদ সেক্রেটারি।

ইথোকচবা—শ্রীনিংথৌজম য়াইম সিংহ।

# হিরম লমায়

১। লাইশ্রাম ইবোতোম্বী সিংহ প্রেসিদেন্ট
( নাওরেম লৈকাই )
২। শ্রীনিংথৌজম রাইমা সিংহ সেক্রেটরী
(রাইস্কুল চিঙখম লৈরক)
৩ শ্রীঙাসেপম তোম্বী সিংহ (সোইবম লৈকাই)
৪। শ্রীঙাইরাংবম অমু সিংহ (কেইস্থা খাবম)
৫। শ্রীসামুলাইলাংপম দিজমনি শর্ম্মা (খোংমন)
৬। শ্রীমাইবম শুমঙ্গোল সিংহ (সোইবম লৈকাই)
৭। শ্রীঙাংবম ইবোবী সিংহ (সোইবম লৈকাই)
৮। শ্রীরাইখোম থোইমৈ সিংহ (খাবম কোম্থা)
৯। নোংথোনবম বলরাম সিংহ (খাবম কোম্থা)
১০। শ্রীয়ুম্নাম মনি সিংহ য্যতিষ্য ভুবন কুম্বিবস্তি
১১। শ্রীনোংমাইথেম অমুলৈশং সিংহ
( খাইদেমবস্তি )
কার্য্যকারি সদস্য শিংয়ার লুপা ১০০ (চামা)

১। শ্রীইরোম তোম্বান সিংহ (চিঙামখা)
২। শ্রীঅখোকপম চাওবা সিংহ (কোংব কৈথেন)
৩। শ্রীকোংব্রাইলাকপম পারিজাৎ শর্ম্মা
(ময়াইকোইবী)
৪। শ্রীঙাইরাংবম তোমচৌ সিংহ (খাম্রন বস্তি)
৫। শ্রীফুরিৎশাবম অঙৌ সিংহ (অৱাং রাবগাই)
৬। শ্রীচান্দম মচু সিংহ (কবো রাকচিঙ)

৭।কে.মসম সেলুং সিংহ (জ্যোতিষ্যভুষণ
(তেন্দোংয়ান)
৮। শ্রীনাওরেম মণি সিংহ জ্যোতিষ্য ভুষণ
(কাসিফাই)
৯। শ্রীচনম বীরচন্দ্র সিংহ (কবোরাকচিঙ)
১০। শ্রীনাওরেম বিরহরি সিংহ (ককচিঙ রাইখি)
১১। শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রহাস সিংহ (ককচিঙ রাইরি)
১২। শ্রীসৌগাইজম ইবোচৌ সিংহ (ককচিঙ রাইরি)
১৩। শ্রীথোনাওজম চৌত্রি সিংহ (সলুংকম বস্তি)
১৪। শ্রীপাউজম মুহোম সিংহ (হৈঙাং বস্তি)
পোষক সদস্য শিংয়ার লুপা ১০০ (চামা)

১। শ্রীঙাঙোম থোইবা সিংহ (অচানবীগৈ বস্তি)
২। শ্রীলৈশাংথেম সেলুং সিংহ (চিংখু বস্তি)
৩। শ্রীনিংথৌজম বাবু সিংহ (লৈজাং বস্তি)
৪। শ্রীসনসম মনি সিংহ (চজিং বস্তী)
৫। শ্রীখুন্দোংবম জয়েজয় সিংহ (হৈরোক বস্তি)
সোহারক সদস্যশিং
(শিংয়ার যথাশক্তি)

শ্রীক্ষেত্রিময়ুম মতুম সিংহগী পক্ষদগী পোষক সদস্য মরি য়াওরকই।

লাইরিক অসিগী বানান সোইবা অরাবা কয়া অকোনবা মথং নখদা চুমথোকচরকনী। ইতি।

মণিপুরদা লিনরিবা বাঙ্গালী মহাভারত

# ওঁ গনেশায় নমঃ

## শ্রীশ্রীগোবিন্দবিধুর্জ্জয়তি ॥

খুরুমজবা

হাৎচৌদোক

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুরুমজৈ। শ্রীরূপসনাতনবু খুরুমজৈ।
শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীভট্ট রঘুনাথবু খুরুমজৈ।
শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজৈ। শ্রীজীবগোপাল ভট্টবু খুরুমজৈ।
শ্রীগৌর ভক্তবু খুরুমজৈ। শ্রীদাসরঘুনাথবু খুরুমজৈ।

ইলা, পত্রমুখ, অনন্ত, পদ্ম শঙ্খ, অশ্বকম্বল, হরিধ্যান ব্রতী, বাসুকি, কর্কোটক, তক্ষক, হায়বা কৌবা লিন্ নিপাল অসিনা পরমাত্ম মাথগী *কৈজোম, কুরিং, ইঙ্গবা ফি, খুরুম্, নাইন, মুহেপ নোংমু ওই, বাসুকিন' কাংথোন ওই।

লিন নিপান অসি হরিগী শক্তিনি হায়না আগমবেদনা হায়রি। পদ্ম পুরাণদু সম্প্রদায় মরিনি হায়রি। মতুদি শ্রীসম্প্রদায়, রুদ্রসম্প্রদায়, ব্রহ্মসম্প্রদায়, সনকসম্প্রদায় মরি অমিনি সম্প্রদায় মরি অসিনা বৈষ্ণবশিংগী লুচিংবনি; মতুমক পদ্ম পুরাণা অমদি গোতমী তন্ত্রনা হায়রি:—

কলৌ খলু ভবিষ্যন্তি চত্বারঃ সম্প্রদায়িনঃ।
সম্প্রদায় বিহীনা যেমন্ত্রাস্তে নিষ্ফলামতাঃ।
রামানুজং শ্রীঃস্বীচক্রে মধ্বাচার্য্যং চতুর্ম্মুখঃ।
শ্রীবিষ্ণুস্বামিনং রুদ্রো নিম্বাদিত্যং চতুঃসনঃ
তত্র স্বগুরু পরম্পরা যথা।

গুরু প্রণালীগী মথং মনাও অহুমক হায়রি, শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মাদা অহামবদা তম্বি; (লাইরিক মমেক থাম্বনা তম্বা নত্তে, থমোইদা কৃপা পিবনি) ব্রহ্মানা নারদদা নারদনা ব্যাসদা; ব্যাসনা মধ্বাচার্য্যদা; মধ্বাচার্য্যনা পদ্মনাভদা পদ্মনাভনা নরহরিদা নরহরিনা অক্ষোভ জয়তীর্থদা অক্ষোভজয় তীর্থ হায়বসি মাধবগী মতুংনি, থোজাম হৈবা নমগীকৈনি অক্ষোভজয়তীর্থনা বিদ্যানিধিদা; বিদ্যানিধিনা

---

* ব্যাখ্যা পত্মনাভ মাধ হায়বসি (মহাবিষ্ণু) কারণবিদ্ধিশায়ী নারায়ণ হায়বনি, ক্ষিরদশায়ী হায়রগনু খণ্ডনে

রাজেন্দ্রদা রাজেন্দ্রনা জয়ধর্ম্মদা ; (জয় ধর্ম্ম হায়বসি রূপা অথোইবনি) জয়ধর্মনা ব্রহ্মণ্যদা ; ব্রহ্মণ্যনা ব্যাস তীর্থদা ; ব্যাসতীর্থনা লক্ষ্মীপতিদা লক্ষ্মীপতিনা মাধবেন্দ্রপুরিদ মাধবেন্দ্র পুরিনা অদ্বৈতাচার্য্যদা ; প্রেম অমসুং আদ্বৈতনা পীনহৈবা লক্ষ্মীপতি ভক্তগী মশক ওইবা শ্রীনিত্যানন্দদা ভখি, জীব লানবিনবগী দমকুপোক্লরবা নিত্যানন্দনি।

মাধবেন্দ্রপুরিগী শিষ্যদি শ্রীঈশ্বর পুরিনচিংবা পুরি মাপনি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা ঈশ্বর পুরিদা লাইমিংলৌখি। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুনা কলিযুগ লানবিনবা গুরুনি। শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী ভেক গুরুদি কেশব ভারতীনি। গৌরাঙ্গ প্রভুনা জীব লানবিনবা প্রেমগী হিংনি। উরু উকবা মী পূম্নমক্কা কৃষ্ণগী নাম শোল্লু, মী হায়বা ঐখোয়সে ব্রহ্মাগী বাক্সারদা পোক্ল-শির, হম্না হম্না লানবদি ওমদহনা অরেম্বদা মাডলরগনি। কলিদা পোক্লিবশা !! অসুম হায়হনা তখিখি। মরম অসিনা ব্রহ্মাগী থমোইদা কপা পী না ব্রহ্মানা ংলিবা হরি ভক্তিনা মথং মথং লাক্লনা গৌরাঙ্গনা কলিগী মী ঐখোয়দা তাবা কৃষ্ণ ভক্তিবু বৈষ্ণব ধর্ম কৌই। অসিগুম্বা বৈষ্ণব গৌড়ীয় ধর্ম্মগী সম্প্রদায় মক্লিবু পদ্ম পুরাণদগী লোখোকহনা, মাপপুর পৌরাণিক পরিষদকী প্রধান অধ্যাপক মুংলেপ্পম বংশদা পোকপা ৺শ্রীচাওবা সিংহ, বৈষ্ণব ধর্ম্মবু পাম্বা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিপ্রেমদা হন্সি কংথোকখ্রবা ওঝানা তাকপীরম্বা য়াথংদগী ইজরিবা মঙ্গলাচরনি। শ্রীহরিদাসসিংহনা ওঝাগী সেবা কচ্চরি। হরিবোল হরিবোল।

## অমনশুবা সম্প্রদায়

দ্বীপ তরেং, খণ্ড মাপনা জম্বুদ্বীপ, প্লক্ষদ্বীপ, শাল্মলি দ্বীপ, কুশদ্বীপ, ক্রৌঞ্চদ্বীপ, শাকদ্বীপ পুষ্কর-দ্বীপ, অসুং বর্ষ মাপনগী মরুদ ভারতবর্ষ হায়রসি পুণ্যগী অথোইবা মিংশোল্লি, মথক্তা হায়রিবা দ্বীপ তরেং অসিদা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংগী খুয়াদা মুংলেম্মম 'চাওবা" সিংহনা খুরুমজরি।"

শ্রীসম্প্রদায়—লক্ষ্মীনা হোৎলোকপা কৃষ্ণ ভক্তিবু শ্রীসম্প্রদায় কৌই। লক্ষ্মীনা তখিবা বিষ্মক সেননি, বিষ্মক সেননা ষট কোপদ ; ষট কোপনা বোপদেবদ ; বোপদেবনা পুণ্ডরিকদা পুণ্ডরিকনারাম মিশ্রদা রামমিশ্রনা শ্রীযামুন মুনিদা, যামুন মুনিনা রামানুজভক্তদা ; রামানুজ হায়বা ভকঅসি জগৎকী অমম্বা কোকবা থিংকুবা, ভক্ত) অমনি। রুদ্র সম্প্রদায়না মাওহনখ্রবা কৃষ্ণ ভক্তিবু লক্ষ্মী সম্প্রদায়গী বোপদেবনা শ্রীমদ্ভাগবত লৌখংখি। শ্রীকৃষ্ণনা মহাদেবদা হায় হেমহাদেব নংনা কৃষ্ণ ঐগোম্বগী হেন্না চাউনা, হেন্না পিকপা (হম্বব) লাইগী মগুন্না চাওনা, কৃষ্ণ ঐবুনা পিক্না লাইরিক্কা লেংহনা থম্মু। রাফম অসি শৈবদগী কলি যুগতা 'শঙ্করাচার্য্য" কৌবা ব্রাহ্মণ অমা ওইনা মহাদেবনা পোক্লহনা কৃষ্ণগী গুন্না পিক্না ইরে, লাই অতৈগী গুন্না চাউনা চাউনা লেংহনা লাইরিক্কা থমগে। অমুক অমরোমদনা কালী নৈপাক্কা মহাদেবনা "শুর" কৌবা মিংথৌ ওইনা পোকনা জীব হিংসা তৌহন্না হায়নং যাওনচিংবা শানা বলি দান কংতুনা "কালী" পুজা তৌই।

"মুর"না শ্রীমদ্ভাগবত অসি চুমহবা লাইরিক, কালী পুজা য়াওদে, ঈশিংদা থাদৌ হায়রুনা পৃথিবীদা লৈরিবা ভাগবত মথৈ খোররুনা ঈশিংদা থাদখি। মতম অদুদা কৃষ্ণগী ভক্তশিংনা কৃষ্ণ ভক্তি য়াওদে হায়রুনা কপ্পখি, মথক্তা হায়খিবা শ্রীসম্প্রদায়গী মনুংদা য়াওবা "বোপদেব" বৈষ্ণবনা কৃষ্ণ ভক্তি পাম্মুবদগী মথয়াই শোক্না মপি ভাহুনা কপখি। মতম অদুদা শ্রীভগবান্না আকাশবাণী লাওথিরক্লে। ভাও ভাও হে বোপদেব। কাশী লৈপাক্কী নিংথৌনা কৃষ্ণ ঐগী গুণ য়াওবা শ্রীমদ্ভাগবত ঈশিংদা থাদখ্রিবা অদু গঙ্গানা খুন্দুনা থম্মগনি নংনা ঈশিংদা লুপ্তু মা থিয়ু; য়রেক অমতা মুংলমলোই অমসুং চেনা অমতা শেগাররোই। আকাশবাণী অসি তারবদা বোপদেবনা ঈশিংদা কুমহুনা থিবনা ভাগবত মশীং অমতা ৱাৎতনা গঙ্গানা পিরকই, বোপদেবনা জগৎতা ভাগবত অমুক হন্না শন্দোকখি; পাও অদু তারবদা মমৈথংদদি কিরক্রুনা "মহাদেবসু" মশামক্না "বিশ্বনাথ" চক্রবর্ত্তী" কৌহুনা মশানা শ্রীমদ্ভাগবতকী ব্রহ্মসূত্রটীকা লেংখি। অনিগুবা শ্রীসম্প্রদায়গী গুরু মসিনি। মসিগী অরেপ্পা অওইবদি যামুনাচার্য্যনা লেংবা "যামুনাচার্য্য স্তোত্র" দা হায়রি।'

মথক্ত হায়বদা য়াওখিবা "রামানুজ স্বামী" হায়বা বৈষ্ণব অ'স শেষ অবতারনি। শেষবু অনন্ত; অনন্তবু শেষ; কৌ', ভৌইগুম্বমসুং তোঙাদলি, শেষকে শয্যা শক্তি"— "অনন্তকে ভূধারণ শক্তি" হায়না শাস্ত্রগী নিয়ম লৈ। অদুগুম্বা শেষ অবতার (রামানুজস্বামী) না যামুনাচার্য্যনিদা কৃষ্ণ ভক্তি তমগ, মাহাক্কি কৃষ্ণ ভক্তি চোকশিনবদা লৈচিন থাংদবা গুমিৎকী মশাক্কি, (কৃষ্ণ ভাক্তগী গুমিৎনা খংহৈই ওমথা পাপ শেংদোকই। জগৎকী পোৎ পুম্নমক্কী মরক্তগী কৃষ্ণ ভক্তিনা খাহদগী অরেপ্পা পোৎশক্কি সনা লুপাবু লন্নি হায়বাসি অরেম্বা লন্নি। অদুগুম্বা মরামা সংসারগী চ'উবা ঈপক সমুদ্র ওইহুনা মহুদা জীবশিনা তাওরিবা খিবিকপুমা লর্বনি হায়রুনা জীবশিং লাম্নবগীদমক রামানুজ স্বামীনা হে জীবশা! মাওইবগী লন্দি কৃষ্ণ ভক্তি মন্ত্রনা জীবগী লন্নি; মরম অদুনা পুম্নিমা লৈরিঙৈদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম মন্ত্র শোনসি হায়রুনা পাম্দোম রাংনা খাঙৎতুনা অমসুং খোঙেপ রাংনা অহুমলক হন্না লাওখি। অদু তাবদা মাইকৈ মাইকৈদগী মপরাইনা পামজবা মুপা হুক্কুতরানিথোই খক রামানুজদা কৃষ্ণ ভক্তি তমখি। মাখোইদি কৃষ্ণভক্তিদা লুনা তৌবা, চোকশিনবা অমসুং থরাই য়াওবা মাঙাক ওইখি, মাখোইদা অপাম্বা মীনা মথং মথং কৃষ্ণ ভক্তি তম্নকপনা গুপনা মী লিশিং অমা গুবক্লে, অহগী তুংদা সেবক লিশিংগা লোয়ননা স্বামীনা "নীলাচল ক্ষেত্রদা" লাক্লুনা মতম খর লৈরমই।

শ্রীজগন্নাথগী পান্দাশিংনা লুক কংপমচিংবা সেবাদা থরাই য়াওবদি হায়নিঙাই লৈতে, অদুবু মেৎ ওই খারদবা, মথং মনাও নারদবা অক্লবা ভাক্তনি অমতা য়াওদে। মদু উবদা রামানুজ স্বামীনা ঐ তৌগে য়েংউ হায়রুনা পাণ্ডাশিং য়াওহম্বদুনা মাতনা সেবা তৌখি।

নোংমদি মমতদা হায়রে, ঐগী ইনাইশিং অসি নূংরবসু মথৱাইয়াওবহৌদা ঐম। 'ভুংশি, অহৌনা মথোয়বু "জগন্নাথ" ঐগী সেবাবু অহৌবক তৌহল্লু। ৱাহৈ অসিনা অমুক্তা নৎতনা হৌরা হৌরা মতমা হায়খি, রামানুজনা সেবা থাদোকনিদে অহৌম ওইনমক শ্রীজগন্নাথ দেবনা স্বামীবুসু শাওখিদে। হায়বা ৱামনত্রবদা নোংমদি জগন্নাথনা "গরুড়"দা ইন্দিংগিহৌনা রামানুজস্বামী সেবক শিশিংগা লোয়ননা কুর্মলৈডা থাংদোক্লূনা মরৈপাক্তা থমহল্লুই। মিকপ থোক্লকপদা ক্ষেত্রদা লৈরমদ্রে, স্বামী মহাক্তা মরৈপাক্তা লৈরম্লে, নূংরবসু মনাইশিংবু জগন্নাথনা চাল্লি হায়বা খঙনল্লমুনা হৌরাওখি অমসুং জগন্নাথনা থাংদোকপিবনি হায়বা খঙখি। অহৌবা ভুংদা মরৈপাক্তা লৈরবদা ক্ষেত্রগী টীকা অরানবা চুমথোক্লুনা কৃষ্ণ ভক্তিদা মচু তানা লেংথিবমই। রামানুজ স্বামী হায়বসি শুকচেল ভগ্না, থমাই ইংবা, অমসুং খ্রাই পুরম ক্তা চপমান্নবা থৌজাল হৈবা অমনি। মরম অহৌনা কৃষ্ণ ভক্তিগী মরমদা শেংনা লংনা শান্নবা, চুম্বিংকুনই হায়বনি, মতোন্দা ভগ্না সেবক্তা জগৎতা কৃষ্ণ মন্ত্র শন্দোকখি।

রামানুজ স্বামীগী সেবক অহৌনি দেবাচার্য্য কৌই, মতোন্দা ভগ্না সেবক্তা রাঘবানন্দ কৌই; অমুক্তা মথং থং হায়রবদা রাঘবানন্দদা শ্রীমান গুরু রামানন্দনা ভগমই, মহাক অসি থৌজাল হৈবা মী অমনি রামানন্দগী সেবক মশীং রামই মহৌদি :— অনন্তানন্দ, কবির মগাশয়, সুখাসুর, পদ্মাপতি, মহিম বিজয় শ্রীনরহরি, শ্রীমান পীপা ভাবানন্দ, রুইদাস, ধনা অসিনচিংবা। জগৎকী মঙ্গলগী মশক ওইরবা জীব লানবিনবগী মৰমদা শ্রীবালচন্দ্রগী মথক্তি, যোগানন্দ, গণেশ করম চন্দ্র, হৈম্বা পৈহারী, সারি রামদাস, শ্রীরঙ্গগুণাকর; গুণাকর হায়বসি অঙকপা অথোইবা অমনি। নরহরি হায়বসিগী লূবদা মুমিংকুমনি মানা ভক্তিগী লম্বেনবু কোংদোকই অসিগুম্বা বৈষ্ণবশিং অসি রামানুজ স্বামীগী সেবক, মথং মথং সেবক্তা সেবক মশীং রামই। লুচিংবা থরদং লোথংক্তুমা ইন্নবনি, মশীং থাবা ভয়দগ্রনা তোকথোকলগদবনি। অদিগুম্বা কৃষ্ণ ভক্তি শন্দোক্লিবা রামানুজ স্বামীবু অমসুং শিষ্যশিংবু হৌরা হৌরা থুকমজরি।

## সনক সম্প্রদায়

সনক, সনন্দ, সনৎসুজাত, সনাতন অসিবু সনক সম্প্রদায় কৌই। সনকসম্প্রদায়গী শিষ্য মকোক শ্রীনিম্বাদিত্য স্বামীনা নোংমা বতি সন্ন্যাসী অমখক প্রসাদ কংলো লাও হায়না বার্তোন তৌই, অমসুং লাক্লুনা ভাইরম্বে; ভোইঙমসু নিম্বাদিত্যনা থোংথাকপা মথেল মথেল করামুক হোৎনরিডৈদা, নুমিৎ ভাশিল্লক্লূনা সন্ধ্যাগী মতম ওইখ্রে। মতম অহৌদা সন্ন্যাসীনা হায়খি, হৌজিক নুমিৎ ভারে সন্ন্যাসী ঐখোয়দি প্রসাদকংবা (চাবা) হৌমদে। নিম্বাদিত্যনা ৱা অসি তাবদা

মমিংতা মপি তাহনা কপথি অমসুং মচিদা শোনথি, মসি অতিথিগী সেবা কাওদনবা মমিং অসি অমুক হল্লক্ননা ভাইহক্নং থোকপিরবদি মুভাইখ্রনিদা॥ অসিগুম্বা পুকচেল শেংলবা বৈষ্ণবকী থম্মোই উবদা মমিংনা হল্লক্ননা নিম্বাদিত্যগী গুমা মতান্দা হৌবা নিম পাম্বাগী মতোন্দা হথক (পুং ৭-৩০ মিঃ) অমা থোকপিথি অমসুং সন্ন্যাসী প্রসাদ কংথি। সেবা অহু লোহবগ মমিং তাথি, মমিদাংগী মহানব মুগ অমগী মত ওইথি, (রাসম অসি অপকপা রাফননি ৭মিংকা পৃথিবীগা লৈনরিবনা অহুক কুইবা থোংচৎ কাইবা হৌনদে, নিম্বাদিত্যগী থমোই শেংবা উবদা শ্রীভগবান্না মডা পিতনা নীংবা খুংহনবা ওইগনি) অসিগুম্বা নিম্বাদিত্যগী কৃষ্ণ ভক্তিদা থরাই য়াওবগী কুপা উবদা সন্যাসীনা মডোন্দা থন্নুনা কৃষ্ণ ভক্তি তমথা মাগী গুরু (ওঝা) ওইখা। সনক সম্প্রদায়গী কৃষ্ণ ভক্তিনা নসিনি

রামানুজ স্বামী, ব্রহ্ম সম্প্রদায়গী মাধবাচার্য্য, রুদ্রসম্প্রদায়গী শ্রীবিষ্ণু স্বামী, অমসুং সনক সম্প্রদায়গী নিম্বাদিত্য হায়রবা সম্প্রদায় মরি অসি কৃষ্ণ ভক্তিগী মরমদা অথোবা থাংগী মশক্নি। মাইকৈ মরি পুবা শায়ু মরিগী মশক্নি। কৃষ্ণ ভক্তি য়াওদবা অতোপ্পা মন্ত্র মন্ত্রবু সম্প্রদায় মরি অসিগী ভক্তি লম্বীনা অথোবা থাংগী মশক ওইহনা ককথংলমই। শ্রীসম্প্রদায়গী রামানুজ স্বামীগী মচা নিঙোল লোবা (মমাক্) লালাচার্য্যগী মতিক মগুণ খরদ মখাদা ইজরকে।

লালাচার্য্য হায়রবা অসি গুরু খনবদা থরাই য়াওবা, গুরুগী য়াথং ভাকপা অমসুং চোক শিন্না লোবা মুপা অমনি। নোংমদি মডোন্দা গুরনা তাকৃথি হবুঙো মীওইবগী মরক্তা মঙক্তা তুলসী মালা শীবা কৃষ্ণনাম শোল্লিবা মী অদো পোকমিন্নবা ইচিন ইনাওনি হায়না খনগদবনি, অদুগা পোকমিন্নবা ইচিন, ইনাওমক ওইরবমু লিক শিদবা, চন্দন খিন্নবা অমসুং কৃষ্ণ ভক্তি লৈরব-বদি, কৃষ্ণ ভক্তি চংলিবা ঐথোয়গদি করিসু থোক্লনবগা অক্মানি হায়না তাকপিখি।

গুরনা তাকপা মমিং অদুগ্গুন্দা মযুমদা হল্লকপদা তুলসী পাবং মঙ্গনা মক্লা শিবা, মরাম্পক্ত চন্দন ফজনা খিনবা অশিবা মুপা অমা তুরন্দা তাওথরক্লমই। মহু উবদা গুরুনা তাকপা রা চোকশিন্না পোথিবনা) ইনাও মুপা শিরে হায়হনা কপই অমসুং ঈশ দগী লোথ-লগা পম্মুনা পুরকই। হা। ইয়াম্বগী ইবুঙো হায়না হন্না হন্না লাওহনা কপই, অহু তাবদা লৈকাইগী মীমা হংই নংনা কপ্লিবহু কৈদোরকগে? মানা খুমই ইনাও মুপা শিরে, লৈকায়গি মীনা নোকই, মানা ইশিংদা তাওথরকপা অশিববু মমাওনি হায়রিবা তাওই হায়ন। লালাচার্য্যনা মযুমদা য়োরগা পোংলোয়নবগী হৌনবী চপচানা লাংহনা নাম সঙ্কীর্ত্তন শকুনা পোংশায়বা (সংস্কার) তৌরে।

মহারা য়ুম্মাং য়ুমশেং পুন্নমক ঙাক্লগা শোরাং (শ্রাদ্ধ) শোল্লি। মরুপ মপাং অহল লমদা; কৈরোই লৈকাই বার্ত্তোন ভৌই, অমতা লাকপিদে; মরমদি মানা খুম্নাক শাগে খঙদবা অশিবা খুন্দুনা কর্ম্ম ভৌবদি ঐখোয় পুন্নমক মাঙগনি হায়নহুনা শোরাং অহু চংবিদে। লালাচার্য্যনা গুরুদা চংতুনা কপলুরে, গুরুদেবনা তাকপিবদা নপাই ঐনা লৌজহুনা লৌকশিবা চন্দনখিনবা অশিবা অমা তুরেন্দগী ফংহুনা ঐগী (ইথাগী মীওই) ইনাওমল্লি হায়রুনা চপচাবা হৌবদগী লোইফাওবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম ঙাকচহুনা ঙসি শোরাং শোল্লে, বার্ত্তোন ভৌজবা মী অমসুং কৈরোই লৈকাই অমতা চংবিদ্রে, সন্দেশ চাবিদহুনা লৈহৌরে।

মাগী গুরুনা হায় মহুন্না তৌগদবনি নংঙোন্দগী হনগদবা মীবু নয়াম্পা, নংনা হনবা মীবুনা ননাওনি নীংগনি। খুংশিদা ইবুঙো ননাও মুপা লৈত্রবোইরে, বার্ত্তোনগী মীনা লাকপিত্রবসু ননাও বৈষ্ণবকী কর্ম্ম অহু খক মাংলোই নময়ুদা হল্লো। গুরুগী য়াথং তাবদা লালাচার্য্যনা ময়ুমদা হল্লক্লে, অঙকপনি গুরুগী য়াথং ঙাকপা, কৃষ্ণ ভক্তি লৈবা বৈষ্ণবকী গুণ অহুদা ঈশ্বরনা উবিহুনা বৈকুণ্ঠদগী, ব্রহ্মলোকগী, শোরারেলগী লৈপাকগী, কৃষ্ণগী মনাই লাইয়াম লাকুনা খঙহৌদনা থুংলরে।

লাইয়াম অহুনা হৌবুমক্তা ওইহুনা কোইরাং লাং কোকইচেন চেন্দুনা লা থাবা থর, তল হোনবাথর, য়েনশিল্লকপায়াও নোমহুনা পরেং পবেং কমহুনা শোরাংকী সন্দেশ অহু চাখি; মচিন মচিন্দা কৃষ্ণ, কৃষ্ণ, হায়বা নাম শোনখী। কর্ম্ম অহু লোইরগা কৃষ্ণ মন্ত্র শোন্দুনা কৃষ্ণগী মনাইশিং লাইরৈপাঙ্গা কাখ্রে।

লালাচার্য্যগী খোথোক অহু নোক্লহুনা ওইথোক্লবা কায়দবা থবকশিংশিবসি য়েংসি হায়হুনা মীয়াম পুন্নমক লৈরক লমজাও শোরোক থগ্না য়েংনখ্রবা মুমিংনি। লাইমক্লা কুন্নকুম্না ভৌখিব্রা অহু উবদা লালাচার্য্যবু কৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবনি খন্দুনা মাবু কিনখ্রে মীয়াম পুন্নমক চংলক্কুনা ননাই ঐখোই লাক্লে হায়হুনা লালাদা ঐখোইবু লৌখৎপিয়ু হায়না খুকমখী। লালাচার্য্যনা খুমখি, নখোইনা ভৌবা দোষ কোক্লিংলবদি মাংদ তারিবা মরাম্না চাখিবগী মহা মহা প্রসাদ ঙসি খুন্দুনা ফংবিয়ু, চাবিয়ু। অহু তাবদ মীয়াম অহুনা মাংদ তারিবা-অরেম অপা খুন্দুনা নোল্লুকপা বেবাহারগা লোইননা ফংখি, চাখী, অমসুং কনাগুম্না ঐনা ঐনা ভৌবা দোষ কোকচগে হায়হুনা মশাদা ভৈশিনখী। অহুদগী হৌদনা লালাচার্য্যদা চংজনা কৃষ্ণ ভক্তি তমখি। অমসুং মথং মথং শন্দোকখী। শ্রীসম্প্রদায়গী গুম্না চাওখদি অসিনী।

অসিগুম্ব গৌড় সম্প্রদায়দা লৈবা অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্র এরাইয়াওবা "মণিপুর পৌরাণিক পারষদ"কী য়ারী লৌবা পণ্ডিত মরাম্না লৌবা পণ্ডিত মরাম্না লাইরিক অমতা নংতনা মালা মালা

থেংনা থেংনরকপা লাইরিককী পুথিশিংদুনা "মহাভারত"কী য়ারীবু মীতৈলোন্দা লেংথোকচরী) সংগ্রহ "মহাভারত মণিপুরদা লিনখিবা য়ারীগী শৈরেং" হায়বা থোন্দুনা য়ারিগী পথাপ অমা লেংথোকপা খল্লসি হায়বা লেপ্লদুনা মীতৈলোন্দা ইজবা অসিগী মরমদী :—

শ্রীশ্রীভক্ত রাজর্ষি মণিপুরেশ্বর ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী সনাহাতকা তেংথাও লৈপাকা শামু থাবা মতুংদগী মণিপুরদা পুরকপা ব্রাহ্মণমচা জিউরাম শর্ম্মনা লেংথোকপা রামায়ণ, মহাভারতকী কথরবা সংগ্রহ শৈরেং শেমদুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজিউগী চরণপদ্মদা কৎপা ওইনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী য়াথং মতুং ইন্দুনা মণিপুরগী পণ্ডিতলোক, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুম্নমক্না ভাবক ওইদুনা তারগা (পণ্ডিত) শ্রীজিউরাম শর্ম্মনা বক্তা ওইদুনা লিখিবদা শ্রীগোবিন্দগী ব্রহ্ম সভা অমসুং ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পণ্ডিত মরাম্না পুরাণগী মত কাইদনা লিবা অসিবু য়ানদুনা তানরকই গোবিন্দজিউগী মাণ্ডবতা ব্রহ্মসভা নবরত্ন কমলগা মহারাজনা য়ারীলিখা পণ্ডিতপু (কথাবাচক বাচস্পতি) উপাধি পিখা। অদুদগী হৌদুনা তেংথাওদগী লাকপনী হায়বা মরমদগী মণিপুরদা তেংথাও থামোন য়ারীলিখা হায়না কাওরম্মী।

অসিগুম্বা পুরাণগী কথামৃতবু পাম্বানৌনাহৌরকপা শাস্ত্র য়ারীতথাশিংনা পারগা পুরাণগী অচুম্বা অর্থ অমসুং য়ারীবু লাইনা থুডবদা খুদোংচানবগীদমক সাহিত্যদা পুক্লিং কৎলবা (শ্রীখুংলেম্নম চাওবসিংহ ওঝা ইবুঙো অমসুং শ্রীলাইশ্রম গোকুলসিংহ ওঝা ইবুঙো পণ্ডিত অনিমক্না ভবামথৈ পুরাণশিংবু মাতৃ ভাষাদা ইথোক্লুনা থনমসী হায়না তাকপীদুনা। পরিষদকী থৌনা হাপ্নীবদগী ওঝা ইবুঙোগী য়াথং মতুংইন্না মহাভারত আদিপর্ব্ববু মীতৈলোন্দা ইজবাঅসী মহাভারত পুরাণ উরুবা কয়াগী অকংবা মতম্তা কয়া লৌশিনজদুনা য়ারীগী শৈরেং পথাপ অমা ওইনা ইজরী। মসিবু সারাংশ সংগ্রহ মহাভারত ওইনা তৌজবনী।

"শ্রীযুক্তঃ খুংলেম্নম্ কুল সম্ভবঃ চাওবা সিংহ|— কথাবাচক বিচক্ষণ অধ্যাপক প্রধান পণ্ডিতা বাক্যানুশারম্ মণিপুর পৌরাণিক পরিষদ সংস্থান। শ্রীমহাভারত পুরাণ সারাংশ সংগ্রহ মাতৃ ভাষা লিখ্যতে ।। ইতি।

শ্রীলাইশ্রম গোকুলসিংহ কথাবাচক পণ্ডিত ওঝা ইবুঙোনা হৌদোক্লুনা লিংখৎপিরবা মণিপুর পৌরাণিক পরিষদনী। পরিষদতা ওঝা কয়ানু থম্বাই য়াওবীরবা থর্গতি ওইখ্রে। পণ্ডিত ওঝাশিংগী লমনতোল্লে ওঝাশিংগী লমনশিংবা ওইনা থবক পাংথোক্লমসী হায়না পুকচেল চাওরবা পরিষদকী সদস্যশিংগী থৌদা; মতুং ইন্না। ওঝা অনিনাশেংদুনা থম্মীরবা য়ারীগী শৈরেংবু ইজরীবা

শ্রীনিংথৌজম য়াইমা সিংহ, উপনাম শ্রীহরিদাস সিংহ ইতি।

হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

নরায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততোজয়মুদীরয়েৎ ॥

**মহাভারত আদিপর্ব্ব হৌফগী থুরুমজবা মতাং।**

ধর্ম্মশাস্ত্র লাইবিক পুন্নমক্কী বীং মক্তদি হরি হায়বা মযেক অনি অসিনি। হরি নাম অসিগী হৌরককম, মযাই, লোইথকম খাস বেদমক্তা থত্তবা ওমদ্রবা হরিগী নাম গুণ লীলা, বৈষ্ণব, সত্তীগী ইতিহাস, ভক্তি, মুক্তি, ধর্ম্মনীতি অর্থনীতি, রাজনীতিগী লঙ্গৈ ওইরবা মহাভারতপু খুরুমজৈ। মহাভারত হায়বা মমিং অসিবু মীওইবগী চিন্দা হেক পঞ্জবদা পাপ কোক্তবগী মশক ওইরবা পুরাণনি। মাসিবু পরাশর মুণিগী মচা দ্বৈপায়নি শ্রীব্যাস মুনিগী চিন্না মথং মথং হায়- দোক্লগা শ্রীবিঘ্ননাশ গণেশ প্রভুগী খুৎনা কলম পাইদুনা ফংনা ইখ্রবা। অমকপা লৈত্রবা খুন্নাসওয়া স্বর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল, ফাওনা শাকাইত্রবা, মাগী কজবা অর্থনা মনম্ মুংশিরবা খন্নাগগী বৈরিক ওইবিবা! অসীগুম্বা মহাভারত থন্নামবু, মীওইব মপোক্না মাথাগী তুরেনবু লাম্বোকপা ওয়বা হায়দুনা শ্রীব্যাসদেবনা নুমিৎচি মশক ওইদুনা ফুকাইনা শাৎহনত্রবা। ভারত থন্নানগী অমৃতবু ত্তনা থকচবিবা মীওইবা অহু, লল চাওখ লি, ধন্ম কংই, থম্মোইগী লৌশিং ভাম্বোক- লকই, কলিগী ফত্রবা পাপ পুন্যা মাংখিত্রনা পুনা্ু ১ওখংলা

শস্ত্যাবেশ, শ্রীব্যাসনা জগৎতাক জীবন ভবনদা লাম্বোকপা ওমগদবদি বেদগী অচুম্বা অর্থ থত্তলগা পরংব্রহ্ম শ্রীভগবানবু খঙ। ওনই মত ওইনবদি সংসারগী মায়া লাম্বোকপা ওমই অত্তবু বেদগী অচুম্বা অর্থদী মী অমম্ভ লাইমক্তা তোংনবদা অচুম্বা থত্তবা ওমদে। মরম অত্তদগী জগতকী উপায় ওইনবগীদমক বেদগী অর্থনা ব্যাখ্যা কৌংথাক্তুনা ইংাকশকপদা। শ্লোক লক্ষত্তক্তু থোকই লক্ষ ৬০০০০০০দগী লক্ষ ৩০০০০০০না লাইরৈপাক্তা থুংই। লক্ষ ১৫০০০০০না গন্ধর্ব লোক্তা থুংই। লক্ষ ১৪০০০০০ না পিতৃলোক্তা থুংই। লক্ষ ১০০০০০মা মীরৈপাক্কী থুংই। লাইরৈপাক্তা নারদনা লিরগা লাইয়াম্না তাখী। গন্ধর্ব্বলোক্তা শুকদেবনা লিরগা গন্ধর্ব্বনা তাখী। পিতৃলোক্তা দেবল মুনিনা লিরগা পিতৃলোক্তা তাখী। পৃথিবীগী মনুংদা বৈশম্পায়ন্না লিরগা রাজা জন্মে জয়না তাবা হৌদোকখী। মহাভারত কৌথবদা — ইবা লোম্বরগা বেদমরিনে শাস্ত্র

হুন্দুমরিনে অসিনা তুলগী নাকল অমদা পুলপ হাপলগা শ্লোক লক্ষ হুন্দুনা নাকল অমদা মপ্লগা স্বেংবদা মানা লুম্বা হেল্লৌ হায়হুনা শ্রীমহাভারত কৌখিবন। মহাভারতী মওংগুবা বেদগী মশকনী লাইরিক খৈবিক্তগী মহাভারতনা অগোহবনা। লাইখৈবিক্তগী শ্রীনরায়নগী মতৌগুম্বনী তুংরেল অচৌবা মচা তীর্থ খৈবিক্না সমক্রবা তিনবাগুম্ন পূরাণ খৈবিকপী রারানা ভারতা তিল্লবনী ব্যাসনা মতমকুইনা তপ তৌবগী ফোম্না লেংখুবা মহাভারতনা জন্মেজয়না তাগ্রবা তুংদা নৈমিষ কোবা বনগী মনুং যজ্ঞ শালাদা লোমহর্ষ মচানী মচা,, উগ্র শর্বা তৌতিনা লিহুনা শৌনকচিনা মুনি শিংশিং কুম্না ভাবক ওইহুনা তাখী আমগুবা মহাভারতপু থুকমজহুনা মণিপুর পৌরানিক পারসনা মাতৈ ঈমালোদা হথোকতরীবসা অসোইবা অরানবগী দবরু বৈষ্ণবসমাজনা ভাকপানী নিংঙ্গ ইতি।

ব্যাস

## ভৃগু শাগৈ তুম্না হাংথিবা হৈহয়বংশগী রারী।

মমাঙভেদা পৃথিবীদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংনা, হোম, জপ, যজ্ঞ, দান্না কুমগভক্তি পাল্লি। ভক্তি পামজবনা মম্নাম তিন্নহুনা থম্নখী। মাওইবা ঐখোই অসি ভক্তি নত্তনা করিস্থ লৈতে, অহুনা যজ্ঞ, যাগ দান্নচিংবা তৌরুপী; মতুংদমক লাইনিংফম বন অমত্তং ব্রহ্মাদা নিরুরসী হায়হুনা ব্রহ্মলোকতা চংখরে; অমস্তুং ব্রহ্মাদা থুকমহুনা লাইনিংফম যজ্ঞনচিংবা তৌবা য়াবা মফম অমত্তা পিয়ু হায়না নিজখী। ব্রহ্মা সভাগী রা তাবদা ব্রহ্মানা মুংশিখিরহুনা থুদক অহুমক্রদা হায়রিখী হে! ব্রহ্মসভা ঐনা হৌজিক রথ অমা পিগে অসিদা তোংহুনা নখোয়না অস্তুম চংপা য়াব মথৈ চংপদা রথ অহুনা হেক তাক্রবা মফমদা নখোয়গী লাইনিংফম ওইগরো, মফম অত্তুদা য়াম্না ঈংবা অচীকপা জাগা যজ্ঞনচিংবা তৌবা য়াব মফম ওইরসত্তু হায়রখী রাসি হায়রগা রথ অমগা পিখিরে, ব্রাহ্মণশিংনা ব্রহ্মাদা ইকৃখৌ ঐখোই চংচরগে, হায়না থুকল্লগা রথদা মখোই পুম্নমক তোংখংলে অমস্তুং পাইখংখ্রে, কুইদে মিনিখ অমা পাইরগা রথ অহু বন অমদা তাক্রর মিকুপ (নিমিখ) অমগী মনুংদা থুংঙৈ হায়রহুনা বন অত্তুগী মমিং নিমিখারান্যবন কৌখরে, বন মফম অত্তুদা ব্রাহ্মণশিং অত্তুগী লাইনিংফম ওইরে হোম, জপ

চরণগী থৌগল লেপ্তুনা হন্না হন্না হংলিবা মতৌ উংদা। শ্রীনারায়ণনা হায়রকই লক্ষ্মী নংনা রেবন্ত উচ্চৈশ্রবা উবদা পুক্নিং চঞ্চল ওইহনা ঐগী সেবা লেপ্তনা ঐঙোন্দা হন্না হন্না হংলি। নং অসীগী নবুকচেম রমনদা য়াম্না ক্লিং চংই হায়বদগী নমিং রমা হায়না জগৎনা কৌনখ্রসনু। শগোল অসিদী ক্ষীরদ সমুদ্র নৈবদা থোক্কুনা লাইনা ফংথি নংনা লাইয়াম্না ঐঙোন্দা পিবনী। অদুবু নংনা ঐঙোন্দা হংই অংগী দোষনা শগোল পামজরবাদ চহি লিশিং অমা চুপনা নং শগোল ওইহনা পৃথীদা লৈরক্রো। অসুম্না শাপ ফংলবগা লক্ষ্মী কপ্তুনা চরণ কোল্লগা শাপান্তক নিরকই। নারায়ণনা হায়খী তমসা জাহ্নবীগী ঈরোং সুর্গ গিরিগী চিংখোং বোন্দা অশ্বিনী ওইহনা লৈয়। নচা ধারা অমা পোক্লগা হঙ্গরকট অসুম্না শাপান্তক পিখি। মতৌ অদু উবদা রেবন্ত লাপ্তুক থুক্কমজরগা থুনা হনখিহনা পিতা মিত্রা তমখী। লক্ষ্মীনা বৈকুণ্ঠদগী লৈথখিহনা অদা অশ্বিনী ওইহনা রানা বন্দা মবুঙো ফংজনিংবদগী চাদ থক্কুনা সঙ্কর্শন নিংহনা লৈরকলে। চহি লিশিং অমা শুবদা শিব, দুর্গা লোই-নহনা থললরে সঙ্কর্শন মহাদেবনা হায়রকই। হে জগতজননী লক্ষ্মী নবুঙো শ্রীবিষ্ণুবুদি নিংত্রহনা মহাদেব ঐবু নিংবা কারগীনো। লক্ষ্মীনা হায়রকই হে ত্রিপুরারি ঐনা নংবু নিংজবদা নিংথা-য়াবনি হায়বা থংই মরমদা ঐগী ইবুঙঙো শ্রীহরিনা নোংমগী দণ্ড অমা যোগ আসন্দা ফমহনা মিতিগী ধ্যান তৌই। হরিনা থ্যান তৌদনা নিঙিঙব লাই অসিবু কনা ওইরিগদগে হায়বা খঙনিংবদগী ঐনা লোমা হঙ্গংলী আদি পুরুষ ওইবা ঈশ্বরনা করম্বা লাইবু নিংক্ষম লৈরিবগে ঐগী রা তারগা শ্রীহরিনা তাকপী। * ঐনা মিংবদা ইনাই ভক্ততবু নিংই ইনাই ভক্তগী অখোইবদা মহাদেবনী ঐনা ধ্যান তৌবদা ঐগী থমোইদা শুক্রবর্ন ওইরকনী অদু ধ্যানদা ফাঙরক্রবনী। অদুদা ঐনা ভক্তগীরসবু, আশ্বদন তৌরি হে লক্ষ্মী মহাদেবু নিন্দা তৌরিবা মী; মহাক অং লেপনা নরক্তা লুপ্পবনী কৃষ্ণ ঐবু ফংগে হায়রবদা শিবগী থৌজাল লৈরবদদা মীওইবনা ঐবু ফংগাদ। ঐগী ইবুঙোনা অসুম্না তাকপিবদগী ঐনা খংজহনা নিজবনী। য়াহায় অসি তাবদা মহাদেব পেল্লহনা অপাম্বা বোর নিয়ু হায়রক্লে। লক্ষ্মীনা হায়রক্লে হে দেব ঐগী ইবুঙোনা না। ধারা অমা পোক্লগা মুক্ত ওইজগো হায়না তাকপিখী ঐনা ঐনা ভক্তিবা অমনা নরায়নগী য়াথংদী কায়বা য়াদে ঐদি অশ্বিনী ওই হনা লৈরী ইবুঙো মাগী কৃপা ওইরশ নহুনা ধারা ফংবা য়ারোই। মরম অসিনা ভুনা চানবিহনা ঐগী ঈ ঙো ফংজনবা বোরপিবীয়ু। শিবনা এবমাস্ত হায়রল্লগা অন্তর্ধ্যান ওইখরে কৈলাশদগী মনাইচিত্ররূপি বৈকুণ্ঠদা মরোন পুষ্পক শিন্নহনা থাথরে। চিত্ররূপ বৈকুণ্ঠ য়ৌরক্কুনা শ্রীনরায়নবু

---

মুলা * তথাহি। সাধব হৃদয় মধ্য আধুনাং হৃদয়ন্তু হং মদন্যত্তে নজানন্তি নাহং তেভ্য মনাগপি। ইতি।

খুরুমজময়গা শিবনা হায়রকপা বার্ত্ত বৈকুণ্ঠ থাদোক্‌না অশ্বিনীগীদা ফংহনা লৈবসি জগত পুন্নমক থানরে মরম অসীনা জগৎলৈববু মুংশিবিয়ু লক্ষ্মীগী দনা চাহিমু শুরে অমুক্তা চানবিয়ু। প্রভুনা লেংথবিরগা ইশাবু ধারা পিবিহুনা বৈকুণ্ঠদা পুথৎপিরগা জগৎকা শরাবা কোকপিরো হায়জরকই। শ্রীহরিনা হায়রকই চিত্ররূপি হল্লো নবুদোদা তমু নবুভোগী য়াথংদগী নমা লক্ষ্মীবু ঐ লোখংলুরগে। অসি তাবদা চিত্ররূপি হনখিহুনা শিবদা পাও ভমখ্রে। শ্রীনরায়ন লেংথখিহুনা অশ্বরূপ ওইহুনা অশ্বিনী লক্ষ্মীদা কুপা পিহুনা থুদক অহুদা হয় রূপ ওইবা মবুভোগী ওরসনা গর্ভ ওই। মিংরূপ তরাদা থা তরাগী শঙ্ক চিংশিন্দুনা গর্ভ মপুং ফারে ফজরবা মচা নিপা অমা পোক্লে। মচাপোক-পদা শাপ লোইহুনা লক্ষ্মা রূপ ফংথরে মতম অদুদা রথ থুংলরে লক্ষ্মী য়েংহুনা শ্রীহরিনা হায়। লক্ষ্মী হৌজিক্তি বৈকুণ্ঠ য়োরশি নচা থনম্মগা রথ তাংখংলো রাহু তাবদা চরনবু কোন্দুনা হায়রে ইচগী প্রেমনা থমোই অসি পুবা ভমখ্রে ইচা পুথংসা। হরি ইবুঙোনা হায় লক্ষ্মী নঙ্গি য়াক্কী ইপাসিনা পৃথী সাসন তৌহনগে লৈহৌরসমু অসি হায়হুনা অডাং থনমলগা রথ তোংলো লক্ষ্মী নরায়ণ বৈকুণ্ঠদা লেথরে। মতম অদুদা চম্পক গন্ধর্ব মদননসা কোনা ভার্য্যা মোইনহুনা গন্ধর্বিহু রথ তোংহনা কোইরকপগী অমাং অহু চেনরুরে। য়েংবদা চুক্লি হুরবা অডাং অহু উবদা রথ থাম-হুনা মদননসানা রথদা কুমথরক্লুনা অডাংবু পমথলগা চুপ্নি বিধিনা পিরবনী ইচা ফংলে হায়হুনা রথ তোংলো অডাং পুরগা ২হু ইন্দ্রলোক য়োররে। অডাংগী পরিচয় থংনিংহুনা ইন্দ্রদা হংলুরে ইন্দ্রনা হাইরকই হেগন্ধর্ব লক্ষ্মী নরায়ননা পোকপা অডাংনি। হৌজিকমক হাইগী মফমদা থমলুরোক্চে চহি চামাশুনা শ্রীহরিবু নিংননা মচা ফংনবগী যজ্ঞ যাগা তৌহনা নিজরবা মনাই ভক্তগী ভক্তিগী মথাপোনবীরবা শ্রীহরিনা লক্ষ্মীগা গর্ভদা পোক্লগা অডাংহু তুর্ব্বসু কৌবা যযাতিগা মচা, মনাই ভক্তগীদমক থমলগা অডাংনী, হৌজিক নিংথৌ পাক্কনা অমুয়া ইন্দ্রনা হায়রবদা অডাং অহু হাইগী মফমদা থমলুরগা মরুমদা হনখ্রে। শ্রীনরায়ণা গরুবাহন ওইদুনা তুর্ব্বসুদা দরশন পিথরে মধুরববানিনা হায় হেতুর্ব্বসু নঙ্গি ভক্তিদা ঐনা পল্লে।

নমালক্ষ্মীগী গর্ভদা পোক্লবা ঐগী ইচা অমা সুন্ন গিরিগী লিংথোং তমসা জাহ্নবীগী ঈরোং মনাক্কী বন্দা থনমলবনী। হৌজিকমক লোরুহুনা নচা ওইনা কংজরো শ্রীহরিগী বাক্য ফংলবদা পুষ্পা ভক্তি কৎচরে শ্রীহরি লেংথরে। তুর্ব্বসু রথ তোংহুনা পাইখিবনা মিনিট মরিদা অডাংগী মফম য়োথরে। অডাং অহু থুবা চুপ্লগা মোমোন ২ নোংনা লোংনা তাহুনা লৈরম্বত উবদা মুংশিন্নন-গ্রহুনা কোনথংলগা লাইপওা চামরক হন্না চুপ্পী। পুহুনা হল্লক্লে মহারানীদা শিন্নরে দান কয়া তৌরে কুম্মৈ কয়া তৌখ্রে জন্ম কোষ্ঠী ইরে মমিং (হয়সাউৎপতিতসা) হয়সদ লৌহুনা হৈ হয় থোক্লে। চাওনবা য়োক্লে কর্ণ বেধ চুরাকোরন উপনয়ন মথং ২ পাংথোক্লকলে বিদ্যা আরম্ভ তৌরে বেদশাস্ত্র

তন্নীবুনা চৌমরী মিত্রা লোইমা হৈমন্দুনা হরিভক্তিদমক পুক্নিং চংনা একান্তিক ওইহল্লে। মেত্রি মচাগী মন্ত্রবিত্তা ভস্টীর্ন রাজা আসন্দা থাকংতুনা রাজা অভিষেক পীনে। মিংথৌ মহারানী যোগ তৌহুনা বৈকুণ্ঠ কংখরে। হৈহয় নিংথৌনা হরিবর্ষ খণ্ডদা প্রজা সাসন তৌহুনা পাল্লক্রে। মাগী মঙ্গলদা সর্গমর্ত্ত্য শিনথুংলক্রে লক্ষ্মী নরায়ণগী মচানী মঙাক্তমক অথোইবনী পাঙলদমক বিদ্যাদমক ধর্ম্ম লৈবদা ভগবত্তা চাংদম্নিংঙাই লৈতে। মোংমা মন্ত্রি মচা অমা লোইহুনা রথ তোংহুনা তেঙ্গোল লাগী পুন্দগা মুগয়া চৎকই। জাহ্নবীগী খোংবাম চিংবা শোন্দা কন্নরবী কন্যা অমা কপ্পুনা লৈরম্বা-মক উবদা হৈহয় রাজা চংশিনখিহুনা হংলকই। হে সুবদনী কন্যা চিক্লবা বোনগী মমুংদা নত্তোমতা কপ্পুনা লৈরিবা মগাবপু হিংচাবীরা যক্ষীনী রাক্ষীনী গন্ধর্ব্বী কিন্নরী অপস্বরী নাগীনী মানবী হায়-রিবা মিদগী করম্বীনো হায়্যু ঐ নিংথৌনি নঙী অৱাবদু উপায় তৌবিগে। রাহায়সী তাপদা কন্যানা ভক্তি তৌনা হায়ই মহারাজ ঐনা কপ্পীবা মরম অমমুং পরিচয় হায়জগে। মহারাজগী লৈপাক শেসিনা লোম্নবা দেশসিদা পাল্লিবা রভ্য কোব। নিংথৌ অসে মচা পোক্তুনা মচা কংনিং-বদগী যজ্ঞ তৌহ। যজ্ঞ কুণ্ডদগা অমনী সন্তা ওইনা মৈমুংদগা কন্নরবা কন্যা অমা চৌংখাম্লকহ। কন্যাবু কুলাচার্য্যান নিংথাদা শিনবগা হায় রভ্য নিংথৌ যজ্ঞ লোইশিল্লসি কন্যা অসিনা নচা ধারাগুম থন্দুনা ঙাকচরা। নচা কন্যানি পতিব্রতা শতী স্বাধ্বী ওইরনা মপক ফজবদা চাংদম-নিঙাই লেতনা (একমাত্র) মাতানতন। পুন্নমকুগী হেল্ল হায়বগীদমক একাগী শব্দ লৌহুনা একাবলী থোল্লসী হায়ন্তনা মমিং একাবলী থোম্লে। যজ্ঞ লোইশিল্লে ব্রহ্মাসশিংগী মতিক চান দান কংখরে মচা কন্যাবু কুলাচার্য্যাদা মহে মশিং তমহন্দুনা চংথাম্না হৈ। খম্বালগী বোন্দা শাম্নবা পাম্মী অক্তুবু মপাবুনা মচাবু মপান্ থোকহল্লিদহুনা কোনুং মমুংদা তেরাগ পুস্করিনী শেমহুনা থম্বাল শাং হল্লী। অহুনা শাম্ন মচাগী মনাক্তা থুংলাই পাইবা লক্ষ্মীনা তত্তনা রক্ষা তৌনা চেকশিন্না কোনুং মমুংদগী হেণ্ডোকহন্দনা থম্ম। ঈশ্বরগী নামগুন লেপ্পা তাহল্লি। কন্যাগী নিংথিজবা লক্ষন উবদা রভ্য মহারাজনা মচাদা নোংমা তাকপা ইচাদি হরিবর্ষ খণ্ডশিংগী সর্ব্ব ভুমাপাল ওই-রিবা পরম বৈষ্ণব হেহয় নিংথৌদা দান কংকে হায়না ইপানা লেপল্লে। হৈহয় রাজানা নঙী ইষ্টনা অমুম্না তাকপীথী শুমিং অহ্নদগী হৌহুনা দেবা পুজা কচ্চরগা লিজে। ঈমানা মহারাজবু ইপুরোইবা ওইনা ফংজগে পিনবীয়ু হায়বা তত্তনা নিংজে। হেহয় মহারাজগী মফমদা পুক্নিংনা রারিজহুনা আত্মা কচ্চরগা মবুতোগী প্রেমদা তাওজহনা লেজবী কন্যানী। ঐনা মন্ত্রিগী মচানুপীনী ইমিংনা যোশবতী কৌই রাজকন্যাগী লোইনবী মতা সখীনী। ঐগা নোংমা খম্বালগী বোম য়েংঙুনী হায়হুনা তেঙ্গোলাম্বী মরাম পুহুনা বন্দা লাকপদা খংহৌদনা পাতাল শৈবাক্তগী কালকেতু কৌবা হিংচাবগী নিংথৌ অমা লাক্লুনা ঐখোইগী তেঙ্গোনগা অকনবা লানথেংনবদা হিংচাব লোইনা হাংলগ একাবলী যাদনা দোলাইদা হাপ্পলা ইতারা একন্যানা ঐবু চংনা কোনশিন্দুনা

পাতাল যৌখ্রে। কালকেতুগী রঙ্গভূমীদা হৈহয় রাজাবু থনমলগা একাবলীগী মকম যৌখ্রে। সখীবু উবদা কপ্পুনা হায়রকই ইতা নবু উবদা থরাই থাগদোই কমদৌরক্লবগে সখী যোসবতীনা হায়রকই। ইতা ইবেম্মা রাবীরগম হৈহয়রাজা পুজরক্লে শোয়দনা কালকেতুবু হাৎলগা ইবেম্মবু উদ্ধার তৌরগনী। মতম অতুদা কালকেতু চংডকলে ইবেম্মগীনাক্তা কমলগা খাচন্যাগী রাহৈনা কয়ামুক হন্না হন্না হায়রক্লে মতম অতুদা রাক্ষব ভুৎচেনশিল্লক্না হৈহয়রাজাগী লাকপগী পাও তম্লক্লে। লানবাও তারগা কালকেতুনা হায়রকই হে রাজকন্যা নপাবুংনা নহাক্তীদমক লাকপা ওইরমলগা ঐ ভক্তিগা লোয়নবা পূজা কত্তুনা পেলহনগে। নংনা শোক্তরিবা হৈহয়রাজা ওইরমলগা হাৎতোক্লে জগৎ অসিদা লাইস্নু মীগু ঐবু ভগীনবা লৈত্রবনি ঐবু নিংউ ঐগী আশা থুংহল্লু অদু ওইরবদি নংবু ননিং ভন্না ক্লেহনগনী ঐনা নথী পোম্না শাসন তৌগনি। অসুম লৈরিবেদা অসোমদা হৈহয় রাজাগী সি হনাদনা হিংচাবাশং নিক্করে পাত্র মন্ত্রী চেনশিল্লক্না অকনবা পাও হায়রে। কালকেতু শাৎনা থোকাথকনা লানথেংনখ্রে। হিংচাবা তেঙ্গোলগা মাগী তেঙ্গোলগা কালকেতুগা হৈহয়রাজাগা লান্থা পাহুনা প্রলয়গী মতৌঙুম ওইখ্রে। পাতাল লৈপাক নিকথরে। কালকেতু মস্তক ককথরে, হিংচাবা কয়া হাৎলে শেমদৌবা শোযনা চনখরে হৈহয়রাজানা জয় তৌথরে। যোসবতীনা একাবলীদা হায়জে ইতাইবেম্মা লেংথোক্লস কালকেতু হাৎখরে। হিংচাবা শোযনা চেনখরে। নবুত্তো মহাবাজবু খুরুমজবা যারগান। সখীগী বা তারগা বপুনা হায়রকই ইতা ঐগী শকফম অসিনা কমদোনা খুরুম্মসিগে ঐবু উবদা প্রেম লৈবিরমগনি নিংগে। ইতা ইকাইখিরুগনু মাগী প্রেমদা লুপ্পগী অরাবা থাংবদা ওহবা শকফম্মী ধর্ম লৈবা নিংথৌনি। কবেম্মবু য়াম্না প্রেম লৈবিহৌই। অসি হায়রগা রাজকন্যা পুক্নুনা যোশবতী হৈহয়রাজাগী মকম য়ৌথরে মবুংত্তোপী মাংদা হা প্রাননাথ হায়রমলগা রাস্থরে। হৈহয় মহারাজানা কনাবু কোনথংনগা হায়, ইবেম্মা নহাক্তা সখীগী মচিন্দগী পাও তাবদা নঙ্গী প্রেম। থাংবা উমথহুনা ঐ লাকপনি। হৌজিক্তি কালকেতু হাৎপে নহাকপু রথদা হাপলগা পুখৎতুনা নপাবুংগী মফমদা শিন্নরগনি। নহাক্না ঐবু প্রেম লৈত্রবসু প্রেম লৈবা অমদা থোবিথো ঐদি নহাকবু উদ্ধার তৌরমগে লাকপনি হৌজিক্তী দেবী ঈমাগী কৃপানা ঐনা নিংবা থুংলে। নি থৌগী রাহায় তাবদা একাবলীনা কপ্পুনা হায়জে ননাহবু ইস্নোকপীগনু দোষ লৈদবী ইপানা তাকপীবা মুমিত্তগী থরায় হকচাং নথোংদা পুক্রিংনা কচ্ছথরবীনী। হৈহয়রাজানা একাবলী, যোশবতী অনিবু রথদা হাপকৎলে তেঙ্গোল পুক্নুনা পতাল-দগী শাকশনা রভাপুর য়ৌরক্লে। মপাংদা চা কনা শিন্নরে পাও পুন্নমক তমলে ভুংডাইবগী ইপাক্তা তাওনবে রভা নিংদৈনা মগাবু হৈহয় নিংথৌদা দান কংলে। হৈহয়রাজানা মন্ত্রীদা যোশবতীবু দান কংলে। বিদায় লৌতুনা হৈহয়রাজা মহৈশাক য়ৌরক্লে একাবলীবু পাটেশ্বরী

হাপলে। হৈহয় রাজানা স্বকৃতি পোকই, সুকৃতিনা কৃতিবির্য্য পোকই। কৃতিবির্য্যনা কার্ত্তবির্য্যার্জ্জুন পোকই। হাইরিবা নিংথৌ অসি মপাম্বোম লিশিং পাল্লি পাঙ্গলদা বিত্তাদা মশুং চেনবদা মরুন্দা মিংচৎত্তা সর্গ, মর্ত্ত, পতাল মরোল অহুমদা ফাওই কার্ত্তবির্য্যার্জ্জুনদা রানী ৫০০ না মচা ৫০০০ পোকই যজ্ঞ ১০০ রক কৎলী। ভৃগুবংশগী যামদগ্নি মুনিনা কুলাচার্য্য ওই। নিংথৌনা মরল পুম্নমক ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা য়েম্থোক্তুনা দান তৌরম্মী। মচানিপা অহল বিকর্ণ-আর্জ্জুনদা নিংথৌ পীরমলগা নোঙ্গাখি। হৈহয় বংশদগী শন্দোকলকপা ক্ষেত্রি পৃথিবী শিনথুংনা লৈ। হৈহয়বংশ অসি লাইরতুনা শাগৈ পুম্নমক খোমগৎতুনা সভা ফমলগা থম্মরকপদা। ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণ খিবিক্তা য়েম্থোকতুনা দান তৌখিবগী মরম্মা শাগে অসিনা লাহরবনী। ঐথোয়গী লন পু-নমক ভৃগু ময়ুমদা লোইনা ইপাইপুনা লিহুনা থলমলবনী মবম অহুনা লৌখৎপা চুম্মী হায়না লেপ্লতুনা। ব্রাহ্মণশিংদগী লন খোমগৎপা হৌখী, ব্রাহ্মণশিংনা লোইনা পাঁথোকনিংদহুনা "থদোক নখিব। অমহুং লোংখিবনা অয়াম্বা ফংহন্দ্রে। ব্রাহ্মণশিং মপুকশংদবা উনরকপদগী, পশুরামনা মাতৃবোধগী পাপ কোরুবা তীর্থ কোয়খীডৈ মতম অসিদা পোকই। যমাদগ্নিদগী হৌহুনা ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণ হাংনা হৌখরে। ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণ খারা অমত্তা থম্মুসি লেপলহুনা গর্ভগী অঙাং কাওবা থিহুনা মাংহল্লকলে। হৈহয়বংশ ক্ষেত্রিশিংঙ্গি মাহাং অসিদা খাংবা ঙমত্রহুনা ব্রাহ্মণী মথৈ চেনখিহুনা হিমালয় চিংখোংদা দুর্গাবু নিংপা। ভগবতীনা পেন্দুনা কাওবী রকলে হে ব্রাহ্মণীশিং অপাম্বা বোর নিয়ু ঐনা পিগনি ব্রাহ্মণীশিংনা হায়জৈ ভৃগুবংশগী পিণ্ড পিনবা ধারা অমত্তা পীব। দুর্গানা ব্রাহ্মণা অমনা ঐগী বরদগা গর্ভগী লৈক্ষন ওইহুনা গুণ চেল্লগা হায়দোক্লকপা মাখংদা প্রসিদ্ধ ওইরবা নচা নিপা অমা পোকলগা নখোই ময়ামগী অরাবা কোকহল্লশনু। অসি তাবদা ব্রাহ্মণীশিংনা হায়জৈ ঐখোয়না গর্ভ পূবা উরবদি হৈহয় বংশগী ক্ষেত্রীশিংনা গর্ভ সেগায়হুনা হাংখিগনি। ব্রাহ্মণীশিংগী ব তাবদা নবুক্ত পুরগনু কৈবোম দা গর্ভ পুবগা পোকচরো হায়রমলগা দুর্গা লেংখরে। ব্রাহ্মণী সতীসাদ্ধী ওইবী অমা (উরু) কৈবোম গর্ভ পুখরে। ক্ষেত্রিশিংনা খা খা খুদিংগী ব্রাহ্মণী শিংবু গর্ভ পুবা যাওত্রা হায়না য়ে ই। ব্রাহ্মণী অমনা কৈবোমদা গর্ভ পুবা অহুব লাইথুংনী খন্দুনা মাংহনখিদ্রে। খা তত্রা তুরবদা গুণ চেল্লবা অঙাং অমা পোক্লে ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণী অমনা মচানিপা অমা পোকলে তাবদা ক্ষেত্রি শাগৈ হাম হৌহুনা লাক্লে। ব্রাহ্মণীশিংনা কিরকতুনা অঙাংগী মনাক্তা চেনশিন্নরক্তুনা কোয়শিন্দুনা থংখী। ব্রাহ্মণীশিংনা হায়রকই ইংঙো ক্ষেত্রি শাগৈনা ইচাবু হাংকদবগী লাক্লে তাবদা অঙাং অংনা শাওহুনা য়েংলকই। অঙাংগী অশাওবা মীৎয়েংদগী হৈহয় বংশগী ক্ষেত্রশিং অহু লোয়না মমিৎ তাংহুনা উদ্রে। মমিৎ লোয়না উদ্রবদা গত্তি লৈত্রহুনা ব্রাহ্মণীশিংগী খোং পাইদুনা হায়জখী

ব্রাহ্মণশিংনা মচাদা হায়জৌ তাকপী ময়ামনা ভক্তি তৌহনা হায়জবদা পেনবীহনা ক্ষেত্রিকা ময়াম্না লোয় পীহন। মথিং লোয়না উহনখী। অমদগী কিহনা ভৃগু শাগৈগী ব্রাহ্মণশিংবু লুনা লেবা তৌহনা ক্ষেত্রিশিংনা গ্রোকথংখী ব্রাহ্মণ মচা অসিবু উরুদগী পোকই হায়হনা ঔর্ব্ব হায়না খোনখী। তপ তৌবা য়ায়া কন্নী গুণ চাওরবা ঔর্ব্বগী মগুমা মরোন ভরায়রি কাওখী তপ তৌরুরগা হজিন্নকপদা মমানা হেক হেক কন্নউরুরগা মমাদা হংলকই ঈখা কররিগী নিতিগী কয়িবনো। মমানা খুমলকই ইবুঙো মহাক্তি ভৃগুশাগৈদা পোকপনি মহাকী পিতৃ পিতামোহ শিংবু হৈহয় বংশগী ক্ষেত্রিশিংনা লন থরগীদমক গর্ভদগী হোৌমা লোইনা হাংখ্রখনি। মমাগী রাহে অসী তাবদা ঔর্ব্ব শাওবনা পন্দোম লোমথিহনা। ধর্মগী রাখল লৈত্রবা ক্ষেত্রি পৃথিবীদা থন্নরোই যজ্ঞ তৌহনা মৈদা থাজিন্নমলগা উং ওইনা তুমহন্নগে খন্নুনা যজ্ঞ তৌবা হোৌরকখী। মৈদা হোম তৌহনা আকমন মন্ত্রনচিংহনা ক্ষেত্রি মৈদা থাজিনবা হোৌরক্লে। মতৌ অসি উবদা ব্রহ্মা লাকতুনা খাম্বদা য়াথিদয়ে। ব্রহ্মানা ভৃগু বংশগী পিতৃ লক পুথরকতুনা ঔর্ব্বগী মফমদা থুংলরে ঔর্ব্বদা ব্রহ্মানা হায়রকই নংনা ঐগী শৃষ্টিবু মাংহনগদৌরিবা কররিগীনো। অশাওবা হজিলদু ব্রাহ্মণা শাওরবদি জগৎ অসি মাঙবা তারে জীব হিংসা তৌবা ব্রাহ্মণ নঙ্গী নথৌ নত্তে। ঐনা হায়বা অসি থাজত্রবনু নঙ্গী পিতৃ লোক্তা হঙঙু অসুম্না ব্রহ্মানা হায়রকই। অতুগী তুংদা পিতৃলকনা হায়রকই হে ঔর্ব্ব ঐথোয়না শিবদি কর্ম্ম ফলনা কংজবনী ব্রহ্মাগী য়াথং হিক্লোকনু জিব হিংসা তৌবা ব্রাহ্মণগা ধর্ম্ম নত্তে ক্ষেমাদয়া শান্তনা ব্রাহ্মণ নংগী নথৌনি। যজ্ঞ তোকলো ঐথোয়না হায়বা ইললু। পিতৃলক ঐখোইগী য়াথংতাকপনা ঔর্ব্ব নঙ্গী ধর্ম্ম ওইগনি অসুম্ন পিতৃলকনা হায়রকলবদা ঔর্ব্বনা হায়জরকই ঐগী অশাওবদগী হোৌত্রিবা মৈ অসিদী মাংব য়াররোই। পৃথীদা থমলে চাকখেক্তী সর্গদা থমলবস্থ সর্গ তুমগনী হায়রক্লে ঔর্ব্বগী বা তাবদ ব্রহ্মানা হায়রকই। ঔর্ব্ব নঙ্গী অশাওবগী মৈ অহুদি ঈশিংদা লৈপ্রসনু জগতকী কাহনবা ওইংনখ্রসী হায়হুনা ব্রাহ্মণগী অশাওবগী মৈবু ঈশিংদা থমখী ঔর্ব্বগী যজ্ঞ তোকখী। মতুম অমদা অমুক পরশুরামনা *হৈহয় বংশ কার্ত্তবির্য্যার্জ্জুনগী থারা ক্ষেত্রি শাগৈবু থিগৎতুনা চহি ২১ওমদগী হোৌনা লোয়না হাংলগা ঈ লৌহনা কুরুক্ষেত্রগী লম্পাক্তা কুণ্ড মঙা তৌরগা হৈজিন্দুনা পিত্রিলকী তর্পন কংখী।

---

*· ব্যাখা। পরশুরামনা ক্ষেত্রিকুলমাথোইরক হাত্তুনা পৃথিদা নিক্ষেত্রি ওইহান্ন হায়বা অসী পৃথিবীগী ক্ষেত্রিবংশ পুম্নমকপু নত্তে হৈহয়বংশগী ক্ষেত্রিশিং অহুভবুনী হায়না দেবী ভাগবতকী মহুংদা শ্রীব্যাসদেবগী মুখমক্তা হায়রী। ইতি দেবী ভাগবত বাক্যম।

অসুমনা কুম্মাখোইরক লাংথী ২১রকশুবকপগী তর্পন কংপা মতমদা ব্রহ্মালক্তগী পিতৃলক কুমকহুনা পরশুরামদা হায়খী কে শ্রাম পিতৃলক ঐথোয় পেল্লে ঐথোয়গী বরদগী চিরায় ওইরো নঙী নঙ্গল জগৎতা ফাওগ্রসমু ক্ষেত্রি হাৎপা তোকলো নংনা শ্যাম বেশগী মত লৌহুনা তর্পন কংপা অসী কুণ্ড ৫দা কংলী হায়বা মরমদগী মফম অসিবু শ্যামন্তপঞ্চক হায়না জগত্তা ফাওগ্রসমু পুণ্যক্ষেত্র অসিদা প্রান থাজরবা স্নিমশিং অতুদী লেপনা বৈকুণ্ঠ ফংলসন্ত অস্তুমনা বর পিরমলগা পিতৃলক হনখি পরশুরামনা পিতৃলক্রা থাএখিবদগী ক্ষত্রি হাৎ । তোকখী । অসিগুম্বা হৈহয় বংশগী ৱারী অসিবু তাজরবদী ভবনদী পার লইহুনা ঙ্গিবমা অন্তগা কালদা লেপনা বৈকুণ্ঠ ফংই পুণ্যগা মশক ওইরবা আদি পর্ব্বগী ৱারিন ইতি । হরিবোল হরিবোল হরি বোল ।

—

ভৃগু শাপৈগী ৱারী চেবন মুনি অমসুং শুকন্যাগী মতাং ।

শৌনকনচিং বা মুনি সভানা হায়বকই উগ্রশর্ব্বা সৌতি ভৃগুবংশগী থানী অসি তাবদা মুংওইরে চেবন শুকন্যাগী ৱারী লিথো । সৌতিনা হায়কই তালিম্মু ব্রহ্মা বংশদগী চাওবদী ভৃগুগী বংশনা খ্বাইদগী চেন্না চওবা শাগৈনি । ভৃগুবংশগী থাবীদী সিবদ লোইবা নাইদবা যুগ সুৎ খুদিংগী থোকখ্রা ৱাবী ওয়া টো । অসুবু মশিংনা হবীরহপগী মতুং ইন্না সিন্দুক । ভৃগুগী মচা চেবন মুনি অসি আশ্রম বন অমদা লৈখিহুন শুকনেং চেংদনা কমখিহুনা নাম শোম্দূনা লৈ চাম মক্না লোংজু লোংশা থাংনো কমখিবহু চহি কয়ামকম শুথবে । মুনিগী কমলবা যোগ আসনগী নাপ ঙক্ত মাংতুং ( বাল্মিকি ) লৈশোনা লৈবুং অমা ওইনা শোগংখিহুনা লৈবুং মংংদা লৈখরে । লৈবুং অমগী মতোংদা মাই লোংখংতুনা মিং ২দু ইলং নংনা পাংলগা নাম লোন্না থম্মোইদা লোনহুনা লোৎহুনা লৈংখ্রে । মতম অহুদা শার্ব্বনি মতুগী মচা শর্য্যাতিবু ব্রহ্মানা পৃথিবী সাশন তৌনু হায়রকুনা তাৎখা, মাথং মতুংইন্দূনা পৃথিবী অসিদা নিংথৌ ওইহুনা প্রজাগী শাসন তৌংনা পানি

শর্য্যাতি নিংথৌগী ফজরবী মচাকন্যা অমা লৈ নোংমদি নিংথৌনা মৃগয়া চংপদা মচানুপী শুকন্যানু পুন্দকই মতা লোয়নবী মখোশিংগা লোয়নহুনা। হয়াওনা বনগী ফজবা মতৌবু য়েংহুনা য়েংহুনা ইপ্পরকই। অশুম অশুম লাকপনা চেরন মুনিগী আশ্রম য়োরক্লে মুনিগী আশ্রমদনি থংহুনা নিংথৌনা মীয়াম পুম্নমক্তু লাওখোংহন্দনা বনগী ফজবা হৈপাল লৈপাল থিখিক য়েংহুনা লৈ মতম অমদা শুকন্যা লোলাইদগী কুমথহনা মতা মখোশিংগা লোয়নহুনা ফজরবা বন খুদিং কোইনা চংহুনা য়েংই। শুকন্যা মুনিনা লৈবা লৈবুং অমু উবদা কাখংলহুনা লৈবুংদা ছহাক পোখাবদা লৈবুং মতোন্দা মুনিগী মমিৎ ২ ইলং লংনা ডাল্লিবম্ উবে। সুকন্যানা মণিগী মতাংগুম উহুনা শাইবতিংথং পাইরগা থিন্দুনা মিং ২ য়েংই তি থজি মচিন অহুমহুনা। থিনগাইহুনা মুনিগী মিৎনহা অনিহু কাইহুনা ঈ ক্, ক্, কামথংলকই। অহু উবদা ডিব অমা ওংকমাল্লে থংহুনা। কিরকপদগী লৈবুংদগী কুমথহুনা চংখ্রে? মী কনাদস্থু তাকাখত্রে, শর্য্যাতি মৃগয়া লোয়রহুনা বোলংদা হজিনখী। মুনিগী মমিৎ থুগাইখংবগী দোষনা নিংথৌগী চংলুবা তেকোল ময়াম অহু বিষ্ঠা মূত্র পুমথং থিংখিহুনা মবুক কংখংলে। লে বাখিনবনা খাংবা ঙমন্দহুনা কপনলাওনরকলে, চেলখংনরকুনা নিংথৌগী দরবার সভাদা প্রজামীয়াম পুল্লরে মৃগয়া চংলুংদগী জারিবা দযাহু হঙ্গংনরক্লে অহু তাবদা শর্য্যাতি নিংথৌনা মুনিগী আশ্রমদা অকাইবা করি তৌবগা য়াওবগে হায়না থিগংনরক্লে। প্রজাগী অরাবু পাও তাবদা সুকন্যানা মানা তৌরম্বা থবক্তু মপা নিংথৌদা হঙ্গংলি অহু তারবদা পাত্র মন্ত্রীগ লোয়ননা সুকন্যা পুহুনা মুনিগী আশ্রমদা চংলরে। লৈবুং অং তৌখায়রগা মুনিবু লৌথোক্লুনা মুনিগী চংদা খুরুমজনা নোল্লকপা রাকৈ কয়া হায়জে মুনিদেব ইচামুপী সুকন্যা অসিনা থংজদহুনা দোষ লংক্লকবদগী ঐগী প্রজানা অরাবা দশা ফংলে মুনিনা চানবহুনা। প্রজাগী অরাবা ড়োগবু কোকপীয়ু শর্য্যাতগী র, তারবদা চেবন মুনিনা হায়বকই মহারাজ ঐগী হমিৎ আনমক নচানা তেংথংনা থিনগাইহুনা তাংলবনিনা ঐগী সেবা তৌনবা নচা কন্যাহু পীরো ঐসু গৃহ ধর্ম লৌরগে মুনিগী রা অসি তাবদা শর্য্যাতিনা মচা সুকন্যাবু মুনিদা দান কংলে মুনিগী লৈনবা য়ুম অমা শারে চান থক্লবা বস্তু! মচাগী অউনপোৎকা লোয়ননা আশ্রমদা মচাবু থনমলগা হনখ্রে। মুনিগী থৌজম্না প্রজাগী ড়োগ কোকখে। সুকন্যানা তপশ্বীনি ওইহুনা মুনিগা সেবাবু প্রাণ কংনা হোৎনজে। অঙকপনি সতীগী গুণ মমিৎসু তাংলবা অংলসু ওইরবা মুনিবু কাইমকনি নিংজহুনা মিৎকুপ ১ কাওবা খাদোক্তুনা মুনিগী সেবাদা অরাবা কয়া থাংহনা বন্দা লৈখে। নোংমা সতীগী পরিক্ষা য়েংগে হায়হুনা অশ্বিনী কুমার অনি মুনিগী আশ্রমদা থংলরে সুকন্যা অয়ুক অঙনবদা মপুরোইবা চাইথনবা ঈশিং লুথগদবগী মৈ হোগ লগা পাত্র পাইহুনা ঈশিং শোক্কে লাকপদা অশ্বিনী কুমার লাই ২ না মাংদা লেপলগা নিংথিবা রাহায়না হায়রকই হে ফজরবী কন্যা নংগী। নমিৎ তাংলবা

হেন্নবা মুনি অসিগী সেবা তৌদুনা নঙী ফজবা যৌবনগী অবস্থা অসিবু অরেম্বা মাংথিনা অদি প্লামুই। সংসারগী সুখভুক লৈত্রবা মুনিনী অহুক য়ানা লেনগদবগী শককপুগী ঐখোই অদিগী মমুংদগী নংনা পাব্বা অমা থল্লু লাইরৈপাক্তা মুংঙাইনা লৈকসী রতিগী য়োসবু তোক তৌদুনা যৌবনগী হৈহে য়ানহনসী। অশ্বিনী কুমারগী য়াসী তাবদা শুকন্যানা হায়রকই কমিয়ানো মহাশয় মুপী ঐখোইগী ধৰ্ম্মদী। মপুরোইববু সেবা তৌজবনা ঐখোয়গী মলোলনী সতীত্ব ওইবনা মুপীগী ধৰ্ম্মনী। ধৰ্ম্ম থাদোক তুনা করিগুম্বা লৈত্রবা মায়াদা পুক্নিং চংলুববদি যমগী যাতনা ফংগনি পরনারীবু আসা লৈবা হায়বসি নিপা ওইবা নখোইস্নু যমগী নরক ত্যাগনী নখোই লৈহৌরো ইপুরোইবগী স্নান তৌনব ঈশিং শোকপা লাকপনী ঐবু পনহন্নবগী নখোই দম ফজনী ঐ চৎলগে হায়দুনা শুকন্যা ঈশিং শোকলগা থুনা য়াংনা চৎথী মুনিগী মকমদা পাও অহু চিথদনা তম্মা। পাও অহু তাবদা মুনিনা ধ্যান য়েংবদা অশ্বিনী কুমার লাইগী মাইবগী সতীগী পরিক্ষা য়েংবনী হায়বা মরম খঙওবদা দেব বৈদ্য অনিদা মিৎকী মরম হায়নিংদুনা মুনিনা শুকন্যাদা হায়রকই। মখোয় অনিহু দেব বৈদ্যনি অমুক্তা হায়জদুনা এগী ইনাক্তা পুশিল্লকউ। মুনিগী য়া তারবদা কন্যা চেনথিদুনা অশ্বিনী কুমারগী মনাক য়োবদুনা খুৎঅনা লোম্নগা হায়জরুর দেব বৈদ্য শুকন্যাগা লোইনদুনা মুনিগী আশ্রমদা থুডওরে অনিমকা আসন থায় মতিক চানা পুজা কৎলি। পুজাদা পেল্লদুনা দেব বৈদ্যনা হায়রকই মুনি ঐখোয় পেল্লে মুনিগী করি উপায় তৌরম্মু হায়বগে। মুনিনা হায়জরকই ( হে দেব বৈদ্য ) ঐবু মুংশিবিদুনা ঈমিং তাংলিবা অসি অমুক্ত উহনবীয়ু। মীওইবগী সুখভুক অসি নিংবা থুনা আস্বদন তৌজগে লাইনথোয়না থোজান পিবিয়ু। চেবনগী য়া তাবগা অশ্বিনী কুমারনা হায়রকই মুনিগী মিং উহনগনি। হৌজিক্কি সরোবরদা লুপতুনা স্নান অমুক্তং তৌকসী য়া অসী হায়দুনা মুনিবু শুকন্যানা সমদুনা পুরে। অশ্বিনী কুমারগা মুনিগা পুখি য়োম্ন মুনিবু পুথথিংনা লাই অনিহু পুখিদা লুপমিন্নখরে। ঈশিং মমুংদা দেব বৈদ্য অনিনা চেবন মুনবু মুংশিদুনা মিৎ অমিমক উহনখরে। ফজরবা নহাগী শকফম ওইহনখরে অহুগা চপমান্নবা ঈশিং মমুংদগী ফওগৎলাক্ল। অহুম্মক শকফম চপমান্নবা উহল্লগা শুকন্যা য়েংদুনা অশ্বিনী কুমারনা হায়রকই। হে শুকন্যা নঙী নপুবোইবা থঙ্গরা ঐখোয় অহুমগী মমুংদগী নংনা অপান্বা নপুরোইবা অমা থল্লগা ফংজবা য়ারগনি হায়রকই। শুকন্যানা য়েংবদা চপ মান্নবা উরে মপুরোইবা মশক খংবা ঙমদ্রে। শুকন্যা য়ারদুনা খুৎলোম্নগা হায়জরকই। হে দেব ঐগী ইপুরোইবা চেবন মুনিবু পিনবিবু। ঐনা খংবা ঙমদ্রে দেব মায়া থাদোকপীদুনা ঐনা প্রান কচেথুবা ইপুরোইববু নিজবা। সতীগী পুকচেল উবদা পেল্লদুনা চেবন মুনিবু খংহনখ্রে শুকন্যাগী মফমদা হায়রকই হে শুকন্যা নংগী নবুকচেল উবদা ঐ পেল্লে। নংগী নপুরোইবা লৌজরো সতীগীদমক লৈথরসহু মতম কুইনা পুনসিদুনা পাজরো অমুমনা বর পিয়ন্নগা অশ্বিনী কুমার

হনখী । মুনিগী আশ্রম অসী বিশ্বকর্ম্মা লাক্লুনা ফুরা ফলান কোম্লুংগী মতৌগুম্না শেম শাহ্নুনা অরাং অপা লৈহন্দনা লাংহনা থনমলগা হনগ্রে । সুকন্যা চেবন মুনি অনিমক মুংভাইনা লৈথরে । অশোমদা মহারাণীনা শর্য্যাতিদা হায়জে মহারাজ, শুকন্যা ইচাগী মুনিগী আশ্রমদা রানা লৈরিবা অং কমদৌনা চারি থকলিদগে অমুক্তা য়েংবিরু । ঙচানা চাকম থককম খংদনা মিৎত্তাংবা মুনিগী সেবা তৌহনা মপুল্সি লেনগদৌনি মহারানী ৷ রা তাবন্দা শর্য্যাতি নিংথৌ চান থরুব বস্তু রথদা হাপকৎতুনা পাত্র মন্ত্রী লোয়নরগা মুনিগী আশ্রমদা চৎখ্রে । মুনিগী আশ্রমদু কোম্লুংগুম্না পাল্লিবা অদু উবদা নিংথৌ ওক্রহুনা য়েংলকই । মচা শুকন্যানা ফজরবা যৌবন বয়ছ ওইরবা মুনিগী সেবা তৌরিবা অদু উবদা শর্য্যাতি নিংথৌনা খনবদা অসোনবা মুনিবু হাৎতোক্লগা নিপা অমিনা ইচাগা লৈমিনবনি অসুম্বা নিংখি । ধর্ম্ম লেংবা ডাকু অসি হাৎকে হায়হুনা নাকন্দগী থাংশাং সৎলগা চেনশিনখি । লাওহুনা হায়রকই ডাকু নংনা ইচাবু নমহুনা নঙ্গী সেবা তৌহনবগী থাংনা নওক কক্লুনা হাৎকে । লৈরম্মু হায়না লাওহুনা ফুজরকই অদু উবদা কিবদগী চেবন মুনি হৌগত্লুনা কল্লা চেপ্লে । চেন্না চেল্লা লাওরকই হকু নিংথৌ নম্মাক্লি থরাই কনবিয়ু । পাপীগী ইস্মাক নংবুনি এনা হাৎকদৌরিবা লৈরম্মু থংগনি ; মতৌ অদু উবদা চেবননা লাওরকই । ইবেম্মা শুকন্যা নপাবুং অসি ডাওবে নংনা জ্ঞান অমুক্তা শাহন্নু ঐবু শক থওদ্রহুনা তৌরিবনা নংনা থাম-জিল্লু ঐ শিব কারা, মতৌ অদু উবদা শুকন্যানা মপাবুংগী মফমদা হায়জরকই । পাবুং মহারাজ কারা ধর্ম্মনো নচাবু হুংশিবিয়ু নমাক্কী প্রান কনবিয়ু । শর্য্যাতিনা কার ইকাইদবী নংসু মশক ফজব পাথও অসিগা লৌত্তুনহুনা মুনিং হা তোক্লগা পাখিবা । ফল পাম্বা মশক ফজবা পাম্বদগী সতী ধর্ম্ম মাংহল্লবা নংসু থঙ্গনী পাপিনী লৈরম্মু রাঅসি তাবদা শুকন্যানা হায়জবকই । পাবুং পুরিং তপথবিথো নচা হায়জগে অতোপ্পা অমা নত্তে চেবন মুনিনী অশ্বীনি কুমারগী লৌজান্দগী মিৎ উহুনা যৌবনগী বয়ছ ফংবনি । হাৎলবদি ব্রহ্ম বোধ পাপ ফংলগনি নচাসু বিধবা ওইরগনি । শুকন্যা মচাগী রা তাবদা শর্য্যাতি নিংথৌ মুত্তাংহুনা থাংখুমদা থাং হপ্তিনখিহুনা য়ুমদা চংখ্রে । মুনি কৌশিল্লে । শুকন্যা মপাগী আসন থারে খুকমজে মুনি চঙওক্লুনা মকু নিংথৌ খুরুমলে । শর্য্যাতি না হায়রকই হৌজিক্তি ঐবু কার লাওও হায়বগে নথোয়গী অপাম্বা অমা হায়য়ু । রাসি তাবদা মুনিনা অশ্বিনী কুমারগী লমন শিগে থম্মুনা যজ্ঞ অমত্তং কংকে ইকুনা তেংবাংবিয়ু হায়রক্লে । শর্য্যাতিনা যজ্ঞগী মপোৎ লাংখ্রে মাওব যজ্ঞ কুণ্ড শেমলে ব্রাহ্মণ ময়াম বাণ্ডণ কৎলে [illegible]গী লাই পুন্নমক বার্তন তৌরে অশ্বিনী কুমারবুসু বার্ত্তন তৌহুনা যজ্ঞদা কৌরে । মধু পুর্নিমাদা যজ্ঞ হৌথে জগৎকী ব্রাহ্মণ লাইরামগুম্না তিনখরে । অশ্বিনী কুমারদী বৈদ্যনি হায়হুনা ইন্দ্রনা যজ্ঞগী হোম [illegible] [illegible] মতমদদু [illegible] । [illegible] চেবন মুনিনা দেব বৈদ্যবু পুজা তৌরিবা যজ্ঞগী হোম [illegible] লাইগী [illegible] [illegible] থুগাবদা অদু উবদা । ইন্দ্র [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] মহারাণী [illegible] [illegible] লাইগী [illegible] থুগাইবগী [illegible] [illegible]

যজ্ঞ ধংশ ওইহনগে। নংগী মথন্নাই লোগে (মুর্খ) অসি হায়রনা ইন্দ্র যজ্ঞদগী থোকখ্রে ঐরাবত তোংলে। মেঘ পুরুষ চারিমেঘ চৌষট্টিমেঘমী কোথয়ে কৌবগা থুংলবগা মাল্লথরে। "ইন্দ্রনা যজ্ঞ থুগাইয়ু হায়থরে"। ঈন্দ্রগী য়াংং ফংবদা অতিয়াদা থাকপগা লাওবগা নোংগী মপৈদা পুখম মমশিল-লক্লনা প্রলয়গী মতৌগুমনা ওয়থরে, অ কপগী মতৌগুম ওয়বা নোংগী মপৈন। চুশিল্লকপগীনে প্রলয়গী মতৌগুম্না নোংলৈ নুশিংকা দম্মম মর্নশক্লনা মিয়াম পুম্নমক হা হা কার লাওনুরে। মতৌ অসি উবদা চেবন মুনি যোগশক্তিনা যজ্ঞ কুণ্ডদগী ভয়ঙ্কর মুর্ত্তি ওইবা কালরাক্ষষ অমা পুথোকখি। কালরাক্ষষ থুংলায় পায়রুনা নোংসাগী শলাও লাওহুনা চণ্ডী কালরাক্ষষ অহুগা ইন্দ্রগা অকনবা লান্না পানথীবনা প্রলয়গী মতৌ ওইখ্রে। কাল রাক্ষষনা ইন্দ্রবু জয় তৌহুনা কারগা মুনিগী চরন্দা লংশিনখি। ইন্দ্রনা মুনিদা প্রান কনবিয়ু হায়না চংখ্রা। মুনিনা হায়রকই অশ্বিনী কুমারবু লাইয়ামগী মরক্তা লৌশিন্দুনা যজ্ঞগী হোম পিজরবনী ইন্দ্র নঙী থন্নাই কমগনী। নত্রবদী যজ্ঞদা উং ওইহুনা মাংহনগনী অসুর হায়রক্লবদা ইন্দ্রনা হায়খি অশ্বিনা কুমার দেববৈদ্য ২বু যজ্ঞগী হোম চারসন্নু হায়না ইন্দ্রনা দেববৈদ্য ২গী শরুক পীহুনা লাইগী মরক্তা য়াওহুনা অশ্বিনী কুমার যজ্ঞগী হবি ফংহনখি। কাল রাক্ষষবু মুনিনা কলি যুগকী সোহায় ওইক্নরো হায়রনা শিন্নখি কালরাক্ষষ কলি কৌবা যুগকী উপাত্র ওইহুনা লৈখি। যজ্ঞ লোয়শিনখি। চেবন মুনিগী গুনবু জগৎনা শোন্নখি। অসিগুমবা চেবন মুনিগী পুরাতন ওইরবা কথাবু লৌরবা অসিনি। অসিগুম্বা গুকন্যা চেবনগী রাবা অসিবু পুক্লিং চংনা তাজববা মুপী নিপা অদু দেহেগী পাপ পুম্নমক কোকই। অন্তকালদা যমগী যাতনা রাংমশাল্লাগু আনুতগা মাল্লবা মহাভারতকা য়ারানি। ইতি। হরি হরি হরি।

---

[illegible]

## মৈ কৌবা মাঙনা ভৃগুগী শাপ ফংবা

চেবনগী থারা শন্দোকখিবা মথং ॥

শৌনকনা চিংবা ব্রহ্মসভানা হায়রকই হে উগ্রশর্ব্বা শোত্তি মৈনা ভৃগুগী শাপ ফংখিবমু চেবনগী ভৃগু বংশ থারা শন্দোকখিকপগী রাজা লিপী খ্রথোকনা তাকউনিজ্ঞ, মুনি ময়ামগী রাহার তাব্বদা শৌত্তিনা নিরকই তাবিয়ু মুনি সভা। সত্যগী পাথমদা ব্রহ্মানা বরুন কৌবা দৈজীগী ঘরজা বৈদ

মন্ত্র শোন্দুনা হোম তৌরকই। ব্রহ্মাগী মন্ত্র শোল্লকপদা চিন্দগী চোংথোক্লুমা ভৃগু পোকখি। ব্রহ্মানা মচা ভৃগুগী মমৌ পুলমা কৌবী পৌলহগী মচানুপাবু লুহোংহুনা ভৃগুবু গৃহি ধর্ম্মদা লৈহন্দুনা জগতা ব্রাহ্মনগী বংশ চাওথোকহল্লু, হায়না তাকখী। মতম খরা লৈরগা ভৃগুগী ঔরসতগী পুলোমা গর্ভ লক্ষন ওইরে। পুলোমা গর্ভ মপুং ফারবা মতমদা নোংমা পুলোমা থনমলগা ভৃগু মুনি গঙ্গা স্নান চৎখ্রুইদা হিংচাবা অমা লাকতুনা পুলোমা মতোমতা লৈবা উররে পুলোমাগী মশক মতৌ নিংথিবী উবদা সুক্নাংথিহুনা ব্রাহ্মনিবু ফারগে নিংহুনা ইমুংদা চংশিল্লকপদা পুলোমাদো কিথনা মশা নিকখি। দানব অদুনা কনা কনা লৈবগে য়েংলকপদা মৈ লৈরবা উখি মৈদা চাংহুনা হিংচাবনা ওহ্নোকপা ৱাহংনা মৈদা হংলক্লে। হে মৈ নহাক্তি লাইনি, ওসিদি পুলোমা ফাবা তারে। মরম দ ঐ হায়গে তাও মাবু পোকপা মপানা এঙোন্দা ৱাহৈনা বাক্যদান তৌথরে (পীগে হায়থরে) কন্যাদি পিদহুনা ভৃগুদা লুহোংখিবনি মহুগী মুংঙাইত্তবনা অমুক্তং ফাগে হায়না তাঞ্জা য়েংলকপা মতম কুইরবনি ওসিদি তাঞ্জা ফংলে ফাবা তারে, মৈ নহাক্তা চুম্নাখুমমু ঐগী ৱা অসি অচুম্বরা নত্তরা? মৈ কৌবা লাই নংদি থরাই পানবা পুম্নমক্কী হকচাংদা লৈরিবা সর্গ, মর্ত্ত্য, পাতাল্স্থ লৈরিবা পাপ পুন্য পুম্নমক্কী শাক্ষি নহাক্তি; মুন্না খলগা অচুম্বা হায়য়ু ঐগীরা? ভৃগুগীরা? ৱাহং অসি তাবদা মৈনা খুম্বা য়াম্না লুনা থোকখরে। তৌইগুমন্তুং খুম্নদবস্তু ৱাদে মুন্না খল্লরগা হায়রক্কই হে—দানব! মপানা নংঙোন্দা ৱাহৈ মথৌ পিখ্রগা সাস্ত্রগী নিয়ম তৌহুনা লুহোংবা মক্তি তৌথিদ্রে থাঙ্গে শেংনা বেদগী বিধি কায়দহুনা দান কৎপদি তশেংনা যজ্ঞ য়াওনা মৈ ঐগী ইমাং মক্তদা ভৃগুদা তশেংনা পিথিবনি, মহুমক্তি ভৃগুগী বর পাম্বদগীনি হায়রিবা ৱা অসি য়াম্না শেংনা এনা খংই। মৈগী ৱা তারগা দানবনা হায় হে পুলোমা মৈগী ৱা তারেদনা হৌজিক্তি ভৃগুবু থাদোকলো দানব ঐগী লোয়নবী ওইরগদবনি লাইনিংবা নিগী সেবা তৌগদবগী শরুক-পুদি ঐগী ৱানা ওইহনা মুংঙাইনা ৱাজভুগ চাহনা লৈরুরগদবনি। ৱাসি হায়রগা দানবনা অপনবা লৈতনা হিংচাবনা ওক্তী মশক লোহুনা পুখরে। থরা চৎলগা ব্রাহ্মণী অহুনা অকিবগী লাও খোংনা কপ লাওবদা গর্ভদা লৈরম্বা অঙাং অহু শাওখি অমমুং গর্ভদগী চোংথোরক্লে। অঙাং অহু মৈগুম্বী মুমিংনা পৃথিবীদা হিকথহুনা তাগুংঙা মঙাল অদুনা মুন্না য়েংলুবদা হিংচাবহু পুলোমাবু থাদোকতুনা তুথরে খুদক অদমক্তদা মশাহু উৎ ওইখ্রে। সৌতিনা হায়খি তাবিয়ু ভৃগুসাগেগী অথোইবা শৌনক মহামুনি, কিবনা জ্ঞান মাংখরবী পুলোমানা তাইহাক লৈরগা জ্ঞান তারকতুনা মচাবু পমলগা কপ্পী। মকম্ন ওহুন্না কুইনা লৈনিংদহুনা কপ্পা কপ্পা চা পুত্রনা ময়ুম (আশ্রম) লোমদা চৎখিরম্মি। মমিত্তগা মশাদা চেম্নরকপনা অমুক লৈপাক্তা মরী ওইনা চেম্নহোই মহুবু [illegible] ব্রহ্মা শাত্রে মমাং ব্রাহ্মনীদা অমেংবা ৱাহৈনা হায়রম্মী ইবেম্মা!! নহাক্তি ধর্ম্ম কায়দবীনি, পুকচেল শেংবীনি, ওসি [illegible] ক্রোধ [illegible] কপকম্ন হায়না থেমখি। নহাক্তা কম্নগী

মপীন্না মরী অমা ওইনা চেলহৌবনা মতুং ফাওবা মধুসরা নদী হায়না লৈহৌরসু নচা অসি মুচেবন হায়না কোরো হায়রমলগা ব্রহ্মা হনখরে। ব্রাহ্মণীনা আশ্রমদা মচাগা ফ মহুনা মুংবংবী ওইনা লৈরিঙৈদা মুনিনা স্নান চংথিরা ভৃগু মুনি হঞ্জিন্নরে, পুলোমাগী চিন্তা উবদা করি তৌরবগে হংথি; পুলোমানা মানগ্না লৈতনা অশেংবা হায়দোকখি, পুন্নমক তারবব মৈমু শাওখিহনা মৈদা শাপ তৌখি। মৈ নগী রাদগী ঐগী ব্রাহ্মণীবু ফাবনি অনা নগাকপু অশেং অমাং থাক্কহনা পুন্নমক চারো হায়দোকখরে। শাপ ফলবদা মৈনা কায়খি করি রানো মুনি ঐনা অচুম্বা রা হায়বনি ওন্দবা রা হায়রবদি নরকতাগনি নংনদি হরাওগদবা? ঐদি নগী যোগ সাধননা মথন কন্না থোক্কনা অগ্নি হোত্র, সাত্রযাগ, উপনয়ন, সোম যজ্ঞনচিংবা মখল অয়াম্বা মুর্ত্তি ই শিবনি। যাজ্ঞিক শিনা ব্রাহ্মণশিংনা বেদবিধি মতু ইন্না বেদ মন্ত্রবিহুনা চেং থোইদিংনা ঘীনা চেঙোন্দা আহুতি পিরিবনি মহুদা লাইশিংনা পেল্লি, পিতৃলোকনা হরাউনা চারি; লাইদি ঈশিংগী মশাক্র, লাইগী পিতৃলোকী পেন্নবগাদমক থাশিদা পুর্নিম দা যাগ যজ্ঞনচিংবা ঐঙোন্দা পিরি ঐদি মখোয় (পিতৃলোক)না চায়, অসিগুম্না ওইবিবা ঐবু অশেং অমাং থাইদহনা চাও হায়বা করিগীনো।

অহুগী মতুংদা শাপ কোক্নবা থিবা চংখ্রে যজ্ঞনচিংবা মকম থুদিংদা মৈদো শুকলৈ লৈখিন্রে করি অমুক হায়গনি। মৈ লৈত্রবদা চাক্থোবনচিংবা মৈগী থবক পুন্নমক য়াদহুনা রানখিবহুদি হায়নিঙাই লৈরে। মৈনা লাইদা হায়জে, লাইনা ব্রহ্মাদা নোল্লক্না হায়জরে, ব্রহ্মানা লাইয়াম অমসুং মুনি ঋষি কৌহুনা পুন্নমক অমতা ওইনা কন্নদুনা তিঙ্খী। লাইয়াম্না হায়জবগী মরম হংখি লাইশিংনা থোকাখিবা থোদোক মৈনা মাংখিবগী রা পুন্নমক হৌবদগী লোইকাওবা ব্রহ্মাদা তমথোকখী। ব্রহ্মানা মৈদা হে মৈ কৌবা লাই নংনা শাওবা তৌগনু মহর্ষি ভৃগুনা শাপ তৌখিবা অহু লেম্না মাংহনগনু; নংদি লাইগী পিতৃশিংগী মচিন্নী নংনা লৌরগা মখোয়না চারিবনি, নংনা হাংলি হিংহল্লি মরম অহুনা ননা লৈতবা তৌগনু জগৎ পুন্নমক শিনথুনা লৈয়। পুন্নমক মুংশিবিমু মরোল অহুম্বগা লৈবা লৌকিক, বৈদিক পুন্নমক মীচং মীথাই নাইগনু; অমাং অশোই থাক্কনা চাক্করগা নংনা মাঙবা ওইগনু মখোয়গী অমাংববু নংনা শেংদোকপীবা ওইয়ু। ভুমিংকী মঙাল ফংলগা অমম্বা কোক্পা শেংবা ওইনরি, অংগুম্না শক্তি পুমনমক তিল্লিবা নহাক্না নহাকপু শুকপনি, নংগী মৈরীনা জগৎকী কান্নবা অমসুং শেংদোকপা ওইরসনু। ব্রহ্মাগী অসিগুম্বা রাখৌল তাবদা লাইশ্ন মুনিমচিংবা জগৎ পুমনমক য়ারে পেন্নরে, মৈসু হরাওখরে, জগৎ থুনা লৈখরে। তিন্নমইবা পুমনমক মাগী মাগী মফমদা হন্নখরে। মহাভারতকী রাবাদি আদুতী অশাঙ্কু থাম্বু মনিপুর পৌরানিক পরিষদকী থৌদা মতুংইন্না ৺শ্রীমুংলেপম চাওবা সিংহ ওঝানা লৈখিরবা অমক অদি শ্রীহরিদাস সিংহনা ইমালোন্দা ইজবনী ইতি। হরি হরি হরি।

# অধ্যায়

## প্রমদ্বর অমসুং রুরুগী ৱারী

সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু ব্রহ্মসভা পুন্নমক ভৃগু মুনিসিগী মচানা চেবন কৌই। চেবনগী মপীনা শুনক্তা কৌই শুকন্যাগী গর্ভদা প্রমতি পোকই রত্নাকর কৌবা অমসু পোকই। রত্নাকরনা বাল্মিকি মুনি ওইখী। প্রমতীগী ভার্য্যাদি ঘৃতাচি কৌই। ঘৃতাচিগী গর্ভদগী প্রমাতিগী মচা রুরু পোকই। রুরুগী মপী প্রমদ্বরাগী গর্ভদগী রুরুগী মচা শুনক পোকই। মুনি অ'খাইবা শৌনক ঋষি। রুরুগী ৱাৰীবু ঐনা শন্দোক্লা ল'জরক্কে। মুনি সভানা পুক চনা শাবিয়ু শ্রীগুরু ব্যাসদেবনা লেংখ্রবা ৱারী সত্য কৌব যুগ ঐথোই পুন্নমক অসিগী মথক কুইরবা মমাংদৈজো মহামুনি স্থূলকেশ হায়বা অমা লৈরম্মী। মাহাক্কী মিংচত্তি জগৎ শিনথুংনা কাওরম্মী। মতম অমদা "বিশ্বাবসু" কৌবা গন্ধর্ব্বনা নিংথৌ ওইহনা পাল্লমই, মহাক্কা মেনকা কৌগী অগোইশাবা (অপসরা) গা চান্নহনা ৱন্দা শান্নখী, মেনকাগী গর্ভদা মচা অমা পোকখি। মচাগী মংশিবা প্রেম থংদবী মেনকানা মাগী মচা অদু পোকপগা লাপনা পুন্নমক তুরেল খোংবান্দা হুন্দোক্লমলগা চংখী। "স্থূলকেশ কৌবা" মুনিনা থেংনরক্লদুনা অদোং অদু আশ্রমদা পুবক্লুনা যোকখি। অদোং অমা পোকপগী তৌনবী কাম্বনা মুনিনা জাত কর্ম্ম লোইনা তৌখ্রে। অদোং অদু মপানি, পুন্নমক্কী মগুণ হেল্লি হায়দুনা মুনিনা প্রমদ্বারা কৌখী। নোংমদি প্রমদ্বরানা যুবতী ওইরক্লবদা রুরুনা মুনিগী আশ্রমদা লাকপদা কন্যা অসি থেংনরক্লবদা রুরুগী পুক্কিং হুথ্রদুনা ময়ুমদা হল্লক্লগা, মরুপ মপাংশিংগা তানদুনা মপাদা মরম অসি থংহনখী। প্রমাতিনা মচাগী নিংবা থুনবা হায়দুনা "স্থূলকেশ"দা চৎতুনা মমৌ (নিডোল) হায়খী। নিডোল (প্রমদ্বারা) পীরে। তৌইগুম্বসুং উত্তর ফাল্গুনি নক্ষত্রনা পানবা থুমিত্তা ডাইবগা লুহোংখী। মতম থর লৈবগা ৱদা প্রমদ্বারাদো লীন্না চিক্কুনা শিরে লোয়নবী গতাশিংনা চেল্লতুনা পাও তম্মরদুনা স্থূলকেশ, প্রমতি রুরু চেল্লকতুনা হায়নিডাই লৈজ্জনা কপনখি ফজখ্রবা শক অদুদা হুনা বুপতুনা থুবিবা অমসুং ফিজেৎ লৈতেংগা লোয়ননা মুনা ফজরবা শম্না ইচেয় চোয়না তারিবা মতৌ উবদা হা।। হা ।। অরাবনি খোগংলো ঐহাক লাক্লে হায়দুনা রুরুনা হায়হংতুনা লৈবাক্তা থুখরে। তপবনগী মুনি ঋষি ব্রাহ্মণচিংবা পুন্নমক চেল্লকতুনা মকম অদুদা তিনখি অমসুং কপনখি। খ্বাইদগী হেন্না রুরুনা কপখরে। কৌদুনা ভুন থোইনা মশা পাইদুনা তে থাদুনা কম মথৈ কপলুরগা গতি লৈত্রদুনা রুরুনা ৱনদা কাইনা কপনা কপনা চৎখ্রে। কাশীরামদাসনা সংস্কৃততগী পায়ার ওইনা লেংখোকখি, অসিবু মণিপুর পৌরানিক পরিবদনা মীতৈ

তোনবা কোংনবা থোদাপীহনা হরিদাস সিংহনা ইথোকচে। তাবদা পুন্যগী মশক্তি, কোককনি পাপকী মপৈবু শ্রীব্যাস মুনিবেশগী য়াথংনি। হরিবল হরিবল হরিবল॥

---

## অধ্যায়

# প্রমদ্বর হিংবগী বারী

রুরুনা মুংশিববা থোজেংগা তেংথাবা য়াহৈনা প্রমদ্বরাবু কৌর কোরচনা য়াম্বনা অমুক তুই, অমুক হৌগংলি, হা। ইবেম্মা।।। নহাক্না কদাইদা চংখ্রবগে, নহাকনা ঐগী থরাই পুখরে, ঐম্ব শিরগে; ঐনা শিরবদি নংগীদমক পিগুপিবিমিশাই লৈহৌদ্রে। হে বিষ্ণু নরায়ন ঐগী অমাখা উবিদরবোই হন্না য়েংবিয়ু তোল্লবা মনাইব হে বিষ্ণু। হে নরায়ন॥ মশুম তৌনা শ্রীহরিবু তুনি পৌরগা পৃথিবীদা শুনথোইনা কন্নী অমুক হৌগংলি অমুক হায়হংতুনা য়াম্বখিবনা অসিবগী মতৌগুম্না লৈথরে। মতৌ অম্তুম্ন রুরুনা হায়নিঙাই লৈত্তনা পোথাবা লৈত্তনা অহিং মুংখিল চাবা চুম্বা থাংদহনা কম্নদা হকমনখিহনা লাইয়াম্না তিন্নহনা থন্নরগা দেব দূত অমা থারকলে। দূতনা রুরুদা হায়খি, নংনা কম্নদা য়েংবা অমসুং থাংহনা লৈবা ওমদরহনা দেব সভানা থারকপা দূতনি নংনা হায়নিংবা য়া হায়রু। তাবহদা রুরুনা মখুং সোম্নহনা মপুং ফাবা ওমদরবা (গদগদ) য়াহৈনা কপনা কপনা হায়জখি, ঐগী মুংশিববী সহধর্ম্মিনী লীম্ন চিকতুনা শিরে। অমুক হন্না হিংহনবিয়ু। দেবদূতনা খুমখি। পংগন্থ রুরু শিখ্রবা মীনা অহুক হন্না হিংলকপা হৌমদে মাগী পুন্সি লোইরনো শিথরবনি। তৌইগুম্বসুং নংগী মতৌ উবদা লাইয়াম্না থোজাবীহনা নংগী উপায় অমা পিবকলি, মসিবু নংনা য়ারবদি ওমলবদি হিংবা য়াখিগনি। অদু তাবদা রুরুনা হয়াউংহনা হায়জখি, লাইনা তাকপিবা ঐনা ইগ্গনি, হায়না য়ারবদা দেবদূতনা প্রমদ্বরাগী ঐপাগা রুরুগা পুহনা যম নিংথৌদা চৎলুরে, যমদা থোদোক অহুগী মরম পুম্নমক তম্নহনা মদং চখি। যমনা হায় অদু ওইরবদি রুরু নংগী পুনসি তংখাই অমা নংগী মুপীদা থা য়াদি, কনানি থাইবিয়ু ধর্ম্মরাজবু চায়না য়ানরহনা পুনসি তংখাই অমা যমনা প্রমদ্বারাদা থাইবিখরে।

চৎলো নংগী ভার্য্যাহ্ হিংলগনি। মমগী য়াথংদগী মখোইনা হল্লকপদা য়ৌরগা প্রমথারাদো হিংগৎত্রো মমাংদা রাকখা রাগী শামহুমা অরাবা কাওনথরে অমস্তুং মখোই অনিনা মুমলিংহুনা সংসারদা মতম ৫০ মথি। (মতান্তরে) কনাগুম্বগী মতত্তা মখোই অনি অসি লহোঙঙমন্নাইদা লৌমচিকপদগী হিংথি হিংলগা লুহোংকনি)। রাক্ত অসিদি মহৌশাদগী অহিংসা ব্রত তৌবা মীনি। অহুম ওইনমক লিনগী জাৎতি উরিবমথৈ হাংলগে হায়না রাশকথরে। অদুদগী হৌদুনা মথুক্তা চৈ পারদুনা লীন হাংপা মাগী মখৌ ওইখ্রে। (অ: ৮)

---

অধ্যায়

## রুরুনা লীন হাংপা তোকখিবা ডুণ্ডুভগী বারী মতাং।

নোংমদি শো লবা বন্‌শা ডুণ্ডুভ কৌবা লীন অচৌবা অমা তুমদুনা লৈরিঙৈদা রারুনা হুরুগে, মহাক্না রুরুদা য়েংদুনা হায়, কবিগীনো নংনা ঐবু ফুরিবা? ঐদি করিগুম্বদম্বু মডোম্না লানবা লৈখিদ্রি। রুরুনা হায় ঐগী মুপীবু লাম্না চিকুনা শিরুরে মতুদগী ঐগী য়েরুবানি অদুনা লিন হাংপনি। লৌমা হায় মতু নত্তে ব্রাহ্মণ নংনা খল্লিবতু লাল্লি, ঐদি নংগী মুপী চিকপা জাৎ অদু নত্তে মখোইনা জাং অমনি, ধর্ম্ম খংবা ব্রাহ্মণ নহাকনা অহুম তোকম থোক্কে লীন জাৎ মথল অমত্তা তিমদে মথল য়াম্মী। অতু ত্তাবদা রুরু ইকাইখ্রে, মসিবু কনাগুম্বনা লীন ওইনা মায়া তৌদুনা মীরোল থোকতুনা লৈরম্মোই খললুবদা ইকাইবদা নত্তনা কিরক্লে অমগুং হাংখ্রে। কিনবু য়েংলগা রুরুনা মুংশিবা রাহৈনা কয়ামুক নোললুকপগা লোইননা হায়কই, লীন নহাকপু কনাগুম্বনা মায়া তৌবনা লৈবরা? পরিচয় হায়রু। লৌমা থুম্মী নহালমুক্কী মপোক্তা ঐ অসি ব্রাহ্মণগী জাৎতা ইমিং সহস্রপাৎ কৌদুনা লৈরমই, মতম অদুদা থগম কৌবা চান্নবা ঐগী মরুপ অমা লৈরমই মানা 'অগ্নি হোত্র'' যজ্ঞ তৌরমই নোংমদি মাডোম্না ঐনা লোকমিন্নগে হায়দুনা নাপীনা লীন শাদুনা মহাকপু থংহনলুরে, মহাকম্বু থংবনা চোংথোকতুনা তুথরে অাত্তারুগা শাওহুমা ঐডোম্না হায়খি। মতু য়াওদবা লীন শাদুনা ঐবু কিহনবগী দোষনা বন্দা লৈরুরো হায়না শাপ তৌখরে। তাবীব্রু ব্রাহ্মন ঐনা শাপ কোকনবা নিখি, থগম্না হায়—প্রমতিগী মচা রুরু হায়বা ব্রাহ্মণ মচা অমা লৈরমগনি মহাকপু উনরগা শাপ কোকউ হায়রগা। মরুপ কায়নবগী

মহাকনু মুক্তোইক্লনা নৈয়হোরে, ঐম্ব লীন ওইরিবা অসিনি মরম অসিনা ব্রাহ্মণগী মাপুং মশুং কয়া চাওনিয়নো অসিগুম্বা ব্রাহ্মননা জীব হিংশা তৌবিগনু হায়রমলগা লীন্দগী হায়রবী ব্রাহ্মণগী শ্রীওক ওন্নথরে। লীননা মুক্ত ওইদুনা ব্রাহ্মণ অমগী মশক ওইহনা লেপ্পলবয়া করুনা ভক্তিগা য়েক্ষননা। জিবন তৌগদবা ধর্ম্মবু হংজখী। সৌতিনা হায়খ্রে তাবির শৌনক মহর্ষিনচিংবা ব্রহ্মণ্ডা পুম্নমক লীন্দগী ওন্নকপা ব্রাহ্মণ্দুনা রুরুদা হায়রকই হে ব্রাহ্মণ। খ্বাইদগী অথোইবা ধর্ম্মদি কনাবু য়েক্করুদবা (অহিংসা) জীবয়েক্রুদবনি। জীববু মুংশিগনি য়োকনি অমম্বুং শাএদবা ইন্দো লৈবনা বেদগী অথোইবা পাওতাক্নি। ব্রাহ্মনদি বেদ বেদাঙ্গ থংগদবনি চুম্না ডাংবা জীববু হিংসা তৌদবা বেদবু থম্মোংদা হাপ্পনা ব্রাহ্মণগী ধর্ম্মনি। ক্ষত্রিগী ধর্ম্মদি মহুদগী তোডাল্লি, মথোইদি ফংতববু য়ারকপা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু যোকপা প্রজাবু কনবীবনা ক্ষত্রিগী অথোইবা ধর্ম্মনি। মমাঙ্গুদা 'জন্মেজয় নি থৌনা লীনগী যজ্ঞ তৌহুনা লীন পুম্নমক তুম্না শংলকলবদা তপস্যা কল্লবা বেদ বেদাঙ্গ খঙ হৈরবা 'অস্তিক' ব্রাহ্মণনা লাকহুনা লীনগী শা-গৈবু কনখিবনী। অম্সুম্না ব্রাহ্মননা চংকদব ধর্ম্ম জীবগী লান্নবা লম্বী শাস্ত্রগী পাওতাক কয়ামরুম মুগায়না তাকখী। লীন্দগী ওন্নকপা ব্রাহ্মণগী মচিন্দগী য়া অঙ্গ তাবদা ডক্লহুনা। হংখি, কবম তৌনা জন্মেজয়না কবিগী লিনগী যজ্ঞ তৌহুনা লীনবু করিং মাংহনবা ঐজোন্দা অমুক্তা লীবিয়ু। ব্রাহ্মণনা হাই নংনা জানিংলবদি করিগুম্বা কাল অমদা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগী মচিনদগী নংনা তাগনি. ঐদি চংনিংলে হায়রমলগা ব্রাহ্মণ "সহশপাং' অত মাংখ্রে। রুকনা মাংখিবা ব্রাহ্মণবু চেন্দুনা থিবদা য়াবনা জ্ঞান মাংবা মখৈ তুরে জ্ঞানভারক্লগা। খৌগংতুনা মযুম (আশ্রম) দা হল্লকে অমসুং পিতা ঢাকুর প্রমতীদা থোথোক অহু চিংখদনা ওস্নুবে। মুক মহাকন' জন্মেজয়না লীনগী যজ্ঞ তৌবা অস্তিকনা লীন কনবীখিবগী য়ারী হংখি, প্রমাতিনা য়ারী অত লীবিখ্রে। মহাভারতকী য়ারী অমৃতগী মশকনি। মসিব পুরাণ কয়ামমদগী পোমজিন্দুনা অপুনবা য়ারী ওইনা ইথোকচরবা মীতৈলোনদা অসিবু মনিপুর পৌ য়াণক পবিগ কা লুংবিরম্বা ৮শ্রীমুংলেপ্পম চাওব সিংহ কথাবচক পণ্ডিত ওঝা ইবুঙ্গোনা লেংবী রথা য়াং শৈশেনি অসিবু সগিয় খ্বাগী শকক ওইনা সেবা পামজবা শ্রীহরিদাস সিংহনা ইরুহনা শগা ইবুঙ্গোগী থচচবা শরুক মতা' অসিদা লোইজরে ইতি॥ হরি হরি হরি॥

## অধ্যায়

# লীন ময়াম পোকপগী ৱারী মতাং

অধ্যায় অসিদগী হৌ না ৺শ্রীশাইশ্রম গোকুলসিংহ কথাবাচক পণ্ডিতনা লেংবীরবা ৱারী মতাং অমুক হৌজরে। ইতি।

নৈমিষারন্যদা ৱারী ত'রিবা, ব্রাহ্মণ ময়ামগী মরক্তগী মুণি অথোইবা শৌনকনা, ৱারী শীরিবা সৌতি য়েংহনা হায়রকই, হে-সৌতি মুণি! নহাক্কী ৱারী অসি তাবদা, ঐথোয়গী পুক্কিং পেক্লে, নংবু পোকপা পীতা লোম হর্ষ সুক্তগুম্বা নহাকস্ত, মতিক চারে, নংগী থোম্থোক মমেক ৱাহৈ খুদিংদা থোংলি মেংই অমৃতগুম ওইখরে। হৌজিক্কি ধর্ম চেন্নবা অতিক মুনি ব্রাহ্মণগী ৱারী অমসুং লিন ময়াম পোকপগী ৱারী লিয়ু॥ শৌনকনচিংবা ৱারী তাৱিবা ব্রাহ্মণ লিশিং কুন্না? ভাবক ওইৱিবা যজ্ঞশালাদা, ৱারী শীরিবা সৌতি মুনিনা হায়জৈ, তাবীয়ু ব্রহ্ম সভাবু সত্য যুগতা, দক্ষ প্রজাপতিগী মচা নুপী লোম্নবাণী অহন্না কদ্রু, অমসুং মনাওনা বিনতা, কৌবী অনিহু, কাশ্যপ মুনিগী সেবা থৱাই য়াওনা তৌজৈ। নোংমদি মুনিনা পেল্লহনা, অনিমক্তা বর নিয়ু হায়বিরে, হরাউহনা অহান্ বদা কদ্রুনা, লীন ওইনা ইচা লিশিং অমা ফংজগে নিখী। বিনতানা ঐনীদী ইচে কদ্রুগী মচা লিশি দগী হেন্না কনবা? অমসুং মশক মতৌ, মথৌনা, মপাঙ্গল্ দা ফাওরবা, ইচা অনিদং পীনবীয়ু। মুনিনা ফরে নংনা নংনা নিংলিবহুমক শোয়দনা, মচা ফংলো পিখী। বর পিরম্নগা কশ্যপনা গৃহাশ্রম থাদোক্লমগা, বন্দা তপস্যা চংখরে॥ ব্রহ্ম বাক্য য়াথংনা কনবনা, অনিহু গর্ভ ওইখি॥ অমসুং মতম্ চানা গর্ভ মপুং ফারহনা, অহানবদা কদ্রুগী এক্রুম ওইনা লিশিং অমা ফংজরে। মথংদা বিনতাগীসু এক্রুম অনি পোকখী? মক্রুমশিং অহু মনাইশিংনা যতন তৌনা সুংশা লাখা য়ুমদা, শেয়হনা লেংহন্দনা অমসুং মতিক চাবা সনাগী পাত্রদা, হাপ্তুনা থম্খী। চহি চামগা গুংগা; মথং মথং ওইনা মরুম লিশিংদগী, লীন ওইনা থোয়রক্লে পোক্লক্লে। কদ্রুদা মচা লিশিংনা কোইশিল্লে অমসুং লিশিংগী মমা ওইরে, অহু উবদা বিনতাদী, মরুমদগী মচা ইওন ওন্থরবদা, মুঙাইতবনা লাংতক্লখী। ঙাইতমদহনা মরুম অমা থুগাইরে, মতম ৱাংপদগী হকচাং মপুং ফাদবা, অঙাংবা লোহিত মমুগী উচেক্কী শক্তম্‌দা, তথাই অমনা হকচাং ওই, তথাই অমনা হকচাং ওইক্লাংত্রে, মাওই লালুপ চাদহনা পোক্লে। পোকপগা ৱা ঙাংই মমাদা শাওহনা হায় ইমা। নংনা ঐবু মতম হুমিং শুদনা থুগাইরে, মরমদি ঐনা খংলে মাহুক্কী ইক্কান কদ্রুনী, মচা পোকপা কমকূপকগীনী, অরুম অহুবা চহি তারগা মহাক্কী

মীনাই ওইয়ুকো ইমা !! তৌইগুদবসুং ডিঙ্ক অসিদি থুগাইরম্লু, ঐগুম্না মাংহনগনু। মানা মীনাই কোকসনু হায়খ্রে। শৌনক মুনি বিনতাগী অহানবা মচা অসি (অরুন বর্ণ) ঙাংগ্রানব কুঙ্কুম্ চন্দোনগী মচু মাল্লি হায়দুনা অরুন কৌখরে। থর লৈরগা কদ্রু বিনতা অনিদু লাইগী নি থৌ শোরারেনগী উচ্চৈঃ শ্রবা অঙৌবা শগোল্ উরুরে। শগোল অদুদি করিগুম্বদা মপাঙ্গল হনবা নাইত্রবা, মন্ন. শীংলবা, মচুনা পুক্নিং হুনবগী ওইবা, শগোল, হায়বগী মতৌ পুম্নমক মঙোল্না তিল্লবা,, সংসারদা মানা থ্বাইদগী হেল্লবা শগোলনি, মশাদা মণি পুবনি। মহাক্কি সমুদ্র নৈবদগী থোকখিবনি। মদুগী মরমদা মুম্নিং তারমদাইদ লাপ্লুক উবদগী কদ্রু বিনতা অঙৌবনি অমুবনি য়েৎনদুনা নিঙাই তৌনরক্লে। শৌনকনা হাই হে সৌতি, করম্বা মতমদা সমুদ্র নৈংবা অমসুং করম তৌনা শগোল থোকখিবা মাদু লীয়ু।

---

# অধ্যায়

## সমুদ্র নৈবগী রাহৌদোক রারী মতাং

সৌতিনা হায়খি হে ব্রহ্ম সভা, অদু ওইরবদি কদ্রুগী বিনতানা মীনাই ওইবা অমমুং গরুড পোক্পগী রাবীনা কোম্না লীরগে, সমদ্র নৈবগী অমসুং উচ্চৈঃ শ্রবাগী রাবী হান্নরা লীগে তাবীয়ু। (ইতি ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরান) হায়রিবা রারা অসি ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত পুরানগী মোতসু অম্মুন্না হায়রী, মাদুমক লৌজরক্লে তাবিয়ু। নোংমা সেয়ারেন ইন্দ্রদেবনা, শামু তেংদুনা লেংথোরকপদা থংহৌদদুনা মাংদা রম্ভা [নর্ত্তিনী] জগোই শাবী উরুরে, ফজবী উবদা শুম্মংখিদনা লংথোক্লুনা চৎপা য়াম্রদুনা, ফয়ামকম মতম অদুগী মতিক চাবা য়ানবগী রাহৈনা, মহাক্কী লোইনবী অমা ওইদুনা চৎমিন্নরক্পদা, দুর্ব্বসা মুনিসু শ্রীহরিগী নির্ম্মাল্য ওইবা, পবিত্রাং পারেং অমা পুদুনা লাক্লমই। ব্রহ্ম ঋষিবু শোয়ারেম্না খুরুমই, মুনিনা পেন্দূনা ইন্দ্রদা লৈপরেংদু পিবে। হরিগী নির্ম্মল্য ওইবা মতিক চাংবা পারিজাৎ অদুবু? ইন্দ্রনা রম্ভাগা কেন মৌনদুনা চৎপগী ময়াই কাবনা ভাবতা অমা তৌখিদুনা শামু ময়াদা য়ান্‌বীরুরে, লৈগী মগুণ খংদবা শামুনা, খুদক অদুমক্তদা কোথংনা লংথোকখ্রে। মতৌদু উবদা শাওখিদুনা মুনি শাপ্ তৌবক্লে, ইন্দ্র নংনা রম্ভাদা পুক্নিং থমদুনা ভাব অমা তৌদুনা হরিগী নির্ম্মল্য থৌওইদবনী, ঐ থংলে অদুনা নঙোন্দা বাজ লক্ষ্মী মাংলো, সংসারগী ওইব নংঙোন্দগী মর্মি রত্ন লক্ষ্মম পুম্নমক সমুদ্রদা লুপথ্রসনু হায়রম্লগা দুর্ব্বাসা হন্থ্রে, ইন্দ্রসু হন্দিরে। ব্রহ্ম শাপ্না লক্ষ্মী সমুদ্রদা হায়থখী, থবানগী বোন্দ তমদুনা লৈখে। [illegible]

হি য়ায় মনিমুক্তা লোয়না. লক্ষ্মীগী তুংইনখিনা সমুদ্রদা লুপখরে । মুনিগী শাপ্তগী ইন্দ্রদেব দনা ফংলে, লক্ষ্মীনচিংবা হিয়াই লৈত্রবদা শোরারেম্নচিংবা লাইয়াম য়ানরে, লাইগ' হিংচাবগা খল্লহুনা সুমেরু চীংগী চীংদোন্দা দেবাসুরনা ? শ্রীনরায়ন নিংখরে ॥ শ্রীহরি লেংবিরক্নে। বিষ্ণুদা লক্ষ্মীনচিংবা মাংখিবা লুপখিবগী য়াকম হঙ্গংচখি । হরিনা সুংশিবিরহুনা দৈত্যদা, লাইসভাদা অমদি ব্রহ্মাদা, তাকপিরে। নখোয়না মন্দার পর্ব্বত কৌবা চীংজাওহু ক্ষীরদা সমুদ্রদা থাদরগা বাসুকিনা থৌরী ওইনা য়েংলগা হঙ্গং হন্দা চিংহুনা সমুদ্র নৈরুরো। মহুদা মনি রত্ন, হিদাক লাংথক কয়া ফংলবা ফাওবদা তোকপা লৈতনা নৈয় নৈরগা, অমৃতসু ফলকনি তাকপীখরে।

বিষ্ণুগী য়াথং লৌহুনা লাঈ অমসুং হিংচাবা মখায়া চীং ফুকনবা হোৎনখরে। চীং অহুদী য়ুথক লিশিং তরামাথোই য়াংই, য়াংবগী মতীক চানা চাওই হৈপাল লৈপালনচিংবা পাম্বী জাং শুনা হৌই। মথল খুদিংগী উচেক অমসুং জাং খুদিংগী শা লৈবনি । য়ক্ষ, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, অপসরাসু লৈ, অতম্বা চীংজাওহ ফুকপা ওমখিদরে। ফুকপা ওমগ্রবদা লাই অমসুং হিংচাবা গন্ধর্ব্ব কিন্নর যক্ষ, রক্ষ পুম্নমকনা ? খল্লবদা উপায় লৈতে। বিষ্ণুদা হায়জবা লেপলে। সৌতিনা হায়খি তাবিরিব' ? ভৃগু শাগেগী অথোইবা হে শৌনক ঋষি। চীং ফুকপা উমগ্রহুনা বিষ্ণুদা হায়ই, বিষ্ণুনা অনন্ত বাসুকিদা ওম্নবা শক্তি হাপ্লিহুনা ফুকহল্লি। লাইয়ামগ পুম্নিন নরকতুনা সমুদ্র থোংবান্দা চীং থমগরে। ঈশিং মন্দা থাদরগা চীংখাদা থাংমনবা পোৎশক খল্লবদা বরুন ইশিং নিংথৌনা, এগী থেংগু অচৌবা অমা লৈ মশাকী মনমদা থাঙ্গৎসি পুহনসি হায়রক্নে। দেবসভানা লৈসি লৈথোনবদা কুর্ম্মনরায়ন কারক্নে, পুবিয়ু হায়জবদা য়ারে। মতম অহুদা সোররেনগী থুংলাই বজ্রনা থেঙ্গুগী মনম্ অপোনবহু মফম চাননবা চীংখাদা তেমথোকই শ্রীবিষ্ণুনা চীজাওহু শ্রীভুজনা ঈশিং ঈয়াই থেঙ্গুদা থাংথরে চশ চানা থমথরে। তাবিয়ু মুনিশা শ্রীবিষ্ণুগী তু হঙ্গংনা হৌবহু চীংনা তকথবদা তু-খর সমুদ্র থোংবান্দা তংতুনা তাখি, মক্লনা তিংথৌ হায়বা নাপী ওইনা হৌখিবনি হৌজিক ফাওবা পুজানচিংবা থবক্তা য়াওহুনা মগুন লৈবা নাপী ওইরিবসি মরম অহুননি। মন্দর পর্ব্বতনা সমুদ্রদগী ইশায়দা, বিষ্ণুনা থাবহুনা ক্ষিরদা সাগর নৈনবগীদমক॥ শেষনাগরাজগী থংনরা নমাও নিপাদো চীংগী খাতপ্তা; বাসুকীনা পরাজ থৌরীগুম য়েৎকুনা লাইশিংনা লীনগা মযেৎরোমদা অমসুং হিংচাবশিংনা মচিম্নোমদ, পাইহুনা হঙ্গৎ হন্দা চিংহুনা নৈবা হৌরক্নে। চিংল চিংলগা য়ানরক্নে, বাসুকী লীননিংথৌনা য়াহুনা লেকথ রকপা মচিন্দা শোর মপী হোনবদা, হুগা লোয়নরবা অশাবা খরনা মৈগী মৈথুগুমনা কামদোরকপা মৈগী নোং চুবগুমথরে। চীংগা তকনবা লাই হিংচাবনা লাওথোকবগা ঈশিং ঈপোমগী মথোল তাবা, লীনগী কামথোকপা খনিনা, থোংলাওবা লোয়ননা শুক্লা মমনা লাকপা হুংশিংক লোয়ন নোংগী মতৌগুমথরে। আতিয়া মণ্ডল পুম্নম মমশিন্নক্নে ইনিন খনীনা কনবসিখর্ম মর্ত্ত পতাল

ময়োল অহুম ফাওনা নিনখরে। চীংদা হোবা উ রানা হাইজিন থেংজিনন্নখরিবা, ঙাইহাব লৈতনা তরুবা উদগী মৈ হৌখিবা, উচেকো জাংনা পাঙ্গথোক্নখিবা হাইনিঙাই লৈখিরে। ঈশিংগী জীবনা লৈখাদা লুপথখি, শিহুনা লাওখংখি। মরম পুন্নমক অসিনা চিংথক্তা লৈবা শাগী জাংনা মশিং নাইদনা শিখরে মতম অহুদা বাসুকী লীনগী মচিন্নোমদা পায়বা হিংচাবশিং হুনা খাংবা মওদ্রহুনা লৈমাইথক্তা তুনখরে লাঙ্গশিংনা মমৈদা পায়বনা থর থাংবওন্মী। ময়াঙগী অয়াবা উবদা শোরারেনা নোংচুপন্দুনা মৈ মুংহল্লি মৈশানা উদগী শোদোকপা মহিনে মী লাঙ্গদগী শিন্থরকপা হুমানে চেন্থরিবা অমসুং উরীদগী থোকপা, মগীনা ত রকপগা লোয়ননা নোংচুথবগুম মহিগী জাং হুমাংগী জাং য়ানশিন্দুনা ? সমুদ্রদা চেন্থবনা সনা মহুংম্না তারক্লে। সমুদ্রগী ইশিংগা তিনবগা ওঈরকপা পোংশকনা থাঙ্গেশেংবা শঙ্গোম ওঈথরে নিকপা নোম্বতনা নাকল অমদা ঘী ওইনা তাওথংলি ওম্নমক অসিবু বর পিবা ওম্বা ব্রহ্মানা ক্ষমহুনা য়েংলিয়ে। লাই, হিংচাব পুন্নমক রামনখিবদগী ? পৃথীদা হায়হংতুনা ভুনরে অমুক হৌগংলা অমুক থৌরী পায়দনা চিঙিও ওমকত্রহুনা থৌরী থাদোক্লে গতি লৈত্রহুনা ব্রহ্মাদা লাই হিংবনা হায়জে। ঐখায়দি রাবনা চোকখরে। আমৃতসু থোকত্রে। রা অসি লাবদা ব্রহ্মানা শ্রীনবান্দা হাইজ প্রভুনা ননাইশিদ পাঙ্গল হাপ্পীয়ু ইবুংগো নংনত্তনা বিষয় অসিগী পাঙ্গ লৈত্রে। নরায়ন্না চুমিমাগী মাগী তোংদবা মথৌদা মাই ওনশিনবা মীগী পাঙ্গল হাপ্পীবা অমসুং মহৈ ফংহনবদী মগোশানি। হৌজিক এনা লাই হিংচাবদা পাঙ্গল হাপলবনি অমুক হন্না নৈহল্লো কয়া লুখরবা নরায়নগী য়াথংনা ? শোম্থহুনা থবক গুনা ওমদ্রবা ময়াম্বু খুদক্তা পাঙ্গল কনখংলে। শ্রীনয়ানগী থৌজানগী মীংয়েংন য়েংথবদা অমসুং থবক অহুনা তংতনা গুরকপগী মহৈ মথং ২ লাক্লে। শ্রীনরায়নিনা ব্রহ্মশাপ্তগী সমুদ্রদা লুপখিবদগী মতুং ইনথরবা, চন্দ্রদেবদো ফঙরবা মকত্রবা মশেক ইংলবা মঙালগা লোয়ননা ঈংনা লংনা ঙাল্লবা থানা সমক্রুদগী থোরক্লে। মশাক অনুপ শরুক কলা ওয়া তরুক পুবদি থোকলকপগা আকাশতা হাইগংথিহুনা পৃথিবীদগী য়ুথক লাক্ষ অনি রাংবদা থোকখরে। মহাক্তি মওান্না তাইবংপানগী নুঙাইবা পিনখরে; যোজন কোটি য়াঙ্খেগী মঙান পুহুনা ব্রহ্মাণ্ডদা ঙনখরে। অহুগী মতুদা অঙৌবা মহুগা ওইবা ময়া মনি পানবা ঐরাবত কৌবা শানুন ময়াই কানা থোরক্লে য়েবদা মিং থক্লবা অঙৌবা শগোন উচ্চৈশ্রবা থোরকলে পারিজাং লৈগী পাম্বীনা সমক্রুদগী চোংথোরক্লে লৈপালগা শামু তোংলগা খুদক্তা ফাহুনা সোরারেননা পৌশিনখি। লাই পুন্নমক হরাউনৈ থবক্কী মহৈ উবদা অরাবা কাওহনা হন্না ২.নৈরক্লে। ধন্বন্তরি লাইগী মাইবনা অমৃতন থল্লবা ঙৌরবা ওকু পাইদনা হিদাক থাও নাকন্দা য়ান্দুনা সমক্রুদগী থোবক্লে অসিদা নত্তনা সুরভী রণবীনচিংবা জগংকী মশক নাইবা পোং কয়ামরুম ? চোংথোকখী। লাইহিংচাবা মন্দার অনন্ত চযুনি, অমদি অকবা পোংশক অহু ঐগীনি ঐগীনি লাওনখি। দেব, দৈত্য গন্ধর্ব্ব, কিন্নর যক্ষ রক্ষ পুন্নমকী নিমরকপা থমীনা ? সমদ্রগী জীবজলজন্তু কয়ানা শিহুনা তাওথংলিবা মন্দার

চীংজাওনা নিকপা নৈষদা সমুদ্র নিংথৌ [illegible] ! পাত্র মিত্র অতম অথৌ মন্ত্রিনচিংবা তিন্নহুনা য়া থন্নবদগী যরুন্দা হায়জরে ? সমুদ্র নিংথৌনে বরুন দেবতানে থরবদা ; সমুদ্র নৈবগী মরম তাবা থবো মন্ত্রী অমগী রাদগী ! মিংথিজরবা মনি মন্নুনা থামলবা যোংলাইদা লক্ষ্মীবু হাপলগা মনাইশিংগা কাংহাই চাথর থৌগল তৌহুনা, মচা মনাইশিংগা লোইননা বরুন নিংথৌ মশামক্তা যোলাইট লেং ওইহুনা সমুদ্র মহুংদগী লক্ষ্মীবু পুথংলক্লে । মহাক্না কাওগৎলকপদা মডালগী জাং পূর্নমক মহাক্কী মডালনা নমহংলী, থোংনা মেংলবা হকচাংনা থম্বালদা তমজনবগী মশক্তি, থম্বালগুম্বা মাইথোংদা নিংথিজরবী মিৎকম্না থম্বালমনা মওংনি, পাম্বোম তাবা প্রমান্না থম্বৌনা ইকাইনিঙাইনি । তাবিয়ু ব্রহ্মসভাবু হায়রিবা প্রমান অসি লক্ষ্মীনা হেনবনি পান্দমনিঙাই লৈতবনি তৌইগুমস্নুং চাংদম্নবা য়াত্রবস্নু হাইনিঙাই লৈমনত্রহুনা হায়রুবা প্রমাননি । দোলাইথক্তা কমহুন থম্বালগী আসন্দা তান্দুনা কাওগৎলকপদা সংসার অপুমবা হারাওনথীবহৌদি, প্রমান অমা লৈথিজ্রে নহাক মথৈ লক্ষ্মীনা লৈরুদবদা জগৎ পুমনমক অসি জীবাত্মা য়াওদ্রবা হকচাংনা তাহনা লৈবগুমে লক্ষ্মীনা লেংথোরকপদা, অশিবনা হিংগৎলকপগুমনা সুঙাইনথরে । দুর্বাশাগী শাপগী পাঙাল্দা থমবাগী বন্দা তুমহুনা লৈরুবী, লক্ষ্মীবু লেংথংলক্লগা বরুন নিংথৌনা শ্রীনারান্দা লক্ষ্মী কৎলগা চরন্দা থুকমজথি অমস্নুং লৈশি লৈথোনজাখি । শ্রীনারায়ন হে ইবুঙো ! নহাক্কী পুমনমক্তা শিন-থুংনা লৈবিরীবনি, নহাক্না অপীকপা অচৌবা, পুমনমক ওইবনি, ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, ঈশিং, কংফাল, সগ, মর্ত্য, পতাল পুমনমক ইবুংঙো নংনা ওইবনী । ইবুঙোদা নন্মাইনা লংজ-থিজ্রি হায়না নিংজৈ, করিগীনো সুমেরু অনীগুম চাওরবা চীংজাওনা নৈবদা লৈবা য়াজ্রে, অতোপ্পা ভগেশ্বর অমা শেমবীরো, ইবুঙোগী য়াথং তাকুনা লৈজবা ঐহাক্নী । অসীনচিংবা হঙংপদা থৌজ্জাল হৈরবা নরায়ননা চানবীবা মীৎয়েংনা য়েংহুনা থৌজালগী য়াথং তাকপীরে হে বরুন নং শাওপস্নু দুর্বাশা মুনিগী শাপগী, লক্ষ্মীগা লোয়ননা মণি, বস্ত্র পুমনমক সমুদ্র নংগী ইশিংদা লুপথিহুনা, জগৎ পানবা য়াত্রবদগী সমুদ্র নৈবনী । হৌজিক্তি লক্ষ্মী ফংলবদি নৈবা তোক্লগানি । নরায়নগী য়াথং তাবদা লক্ষ্মীবু চরন্দা কৎশিল্লে । অমস্নুং শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীঅঙ্গ বক্ষদা থোল্লিবা "কৌস্তুভ" মনী মঙাল লৈবমত্রবদি, লক্ষ্মীনা থৌগনবদা অমস্নুং শুমিৎ থাগী মডালবু হেননা শ্রী অঙ্গদা ডাথোইথী । জগৎকী মপুনা ডাল্লবদা মনাই ওইবা সংসার অপুমবা চপমান্নবা লক্ষ্মী ফংবগী মগুণ চেনথরে । থক্ননচিংবা মনাইশিংস্নু শ্রীবিষ্ণু থুকমলমলগা হনথরে সমুদ্র নৈবস্নু শ্রীনরায়ন্না থামহুনা লেপথরে পোথাহুনা লৈথরে । মহাভারতকী য়ারী আমৃতগী ঈচেমী । সেবা পামজবা শ্রীহরিগী মনাইনা ইমালোন্দা ইঙ্গবা মনিপুর পৌরানিক পরিষদগী থৌদাবিবা য়াথং মতুংইননা ৺শ্রীলাইশ্রম গোকুল সিংহ কথায়াচ পণ্ডিতকী লেংবীরমবা শরুকপু ওবাগী সেবা কচ্চবা ওইনা ইথচ্চবনি ইতি । হরি বোল হরিবোল হরিবোল ॥

---

## অধ্যায়

## সমুদ্র নৈঙ্কমদা মহাদেব শাওদুনা লাকপগী ৱারী মতাং

সৌতিনা হায়খি, তাবিয়ু হে ব্রহ্ম সত্য পুন্নমক: খৌ নৈতনা খৌচিনবা নারদনা মহাদেবদা ইনশিনুগদবগী, কৈলাসদা চৎখরে। শিব দুর্গা অনিদা খুৎথখী, শিব দুর্গানা করিগী লাকপগে? হায়নিংবা হায়রু। মুনিনা হায় ইবুঙো ইবেম্মা অনিমা॥ অচৌবা লাইনি হায়না নিংজহনা নৈবসি, লাইয়ামদি করিগ্ন ওইনা নিংবিদে, মৱম্দী অসিনি হন্দক লাইগা হিংচাবগা তিন্নহনা সমুদ্র নৈরগা, খোঙ্কপা মনি রত্ন মশীং লাকওমদনা খোতুনা লাইয়াম্না য়েমখ্রে। সোরারেঙ্গ ঐরাবত শায়, পারিজাৎ, নৈ উচ্চৈঃশ্রবা শগোল লৌখ্রে, অতৈনা চন্দন মথল কয়া কয়া লৌশিনখ্রিব ইবুঙোদদী ওাকউনু করি কান্নবা লাই হন্নবহবু হেক হায়নহনা তাক্লক্রবনী? অসিবু উনা উন য়েংহনা তাদুনা নৈখা ননাই নারদ ভমত্রদুনা হঙ্গংকে লাকচবনী। নারদনা মামা হৈবম্মখৈ শিবন শাওনবা হায়জরবদা শিবন' তুমিনা ফমহনা নৈ, শুকশাও শাওবিদে, শাওবিমঙ্গবদা দুর্গামমা য়োমদ ওনসীনৃজরগা হিক হিক কপতুনা হায়জরকই? ঈমা লাইনা মীনা থওইত্রবদা প্রভুগী মতৌসি উবদগী ঐদা হিংজনীংত্রে। য়া অসি তাবদ দুর্গাদি শাওবক্রে, অমসুং নারদদা য়েংহনা। হায় নারদ ইকাই থংদবা মুনি নংনা হায়রিবত কনাদনো? উখোং যুম্বিদা হায়রগা করিগুম্বদ, দুম্বীনা য়া ভাংবা থেংনখবত্রা? শায়গী মহুৎতা নবুঙোগীদী শন্দনবা মৈতংপা নৈদনা। পারিজাৎকী মহুৎত শগোল হিদাক মপালনী। চন্দনগী শকতি যম্ভী উংনী আমৃতনা কৈদৌনী শগোল হিদাক মহৈ নৈরিবমখৈদি মনি রত্ননা কৈদৌননী, কৈ মটুন থোন্নিন', অসিগীদমক্তি ইমানা প্রান চাকল্লিবসে ঐতব কবিনুংগীনো হায়তুনা ইপা হিমগীবি ইমা মৈলানী শাওদনতা নৈরবসিদা॥ লাই কনান উশিংপিগবানো? অসিনচিংবা য়াহৈনা শিবগী শাওননবা, শিকতুনা শিকতুনা নারদদা চৈর চৈরহন ভাংথিয়ে। দুর্গাগা নাবদগা ভাংনরিবা য়াকমশিংত্র তাবীবা মহাদেবদো, শাওদবা ভমজহনা য় ভাংলমদবা শদাশিবনা হা—দুর্গা নংন ভাংলিবহ কবিনো? নং থংত্রা জগৎনা ছন্দোক্রবা পো শিং অহু লৌশিন্নগা হবিবু নিংবনি। স সারদা নৈবিবা পোৎলম থুদিংমক অবেমবদা হরিনা নৈহনবঃ নত্তে শেমবা নত্তে। অমসুং শনিগী শাপনু ভাকতুনা নৈরবনি, ঐদী শ্রীহরিগী সৃষ্টী জগৎ হসে লোয়না অর্থ নৈনা শেমবা পোৎশক ভাত্তনা? মসিবু জগৎকী জীবনা মায়দা তাওখিহন অচুমবা অর্থ থিত্রে, অচুমবা থওলগা ঈশ্বর ফংগনি। দুর্গামা হায়—ইবুঙো! থংজয়ে ঐগী ইমাদা চাওজবনী দক্ষনচিংবা কনানমু স সাম্নদা কনানমু শিংথাবিদে। শিংথানদবা মুপাদি কাপুক্ক হায়নরিবনি। অহুব প্রভুদি ইকাইবা নৈত্রবনিনা খনখাত্রে। ননাই ঐখোয়দি ঈমাজনবী মাংদ হিংজনিংত্রে, দেবীগী য়াগয়না শিব শাওরে, ঐবু উশিত্তবা কনানো খংলোইত্রা। চৎসি নায়ক হায়র

অকিবগী মশক ওইবা কৈ মউন খোনবা ত্রিশুল পাইবা, লিননা লৈতেংবা শক্তম্না শগুন্‌বা তোংহ্নুনা সমুদ্র নৈরিবা মাইকৈদা ওন্দুনা লেংথোকখরে। নারদদা কুপ্মে অমা খোক্লগনী থন্দুনা হরাওন ম্যাংওইনখ র। সদাশিবনা প্রলয়গী মতৌগুম শাখরবদা, গণেশ, কার্ত্তিক; নন্দি ভৃঙ্গি, বিরভদ্র ভূত, প্রেত, শিবগী তেঙ্গোল লোইনা ইল্লক্লে, য়াম্না থুনা সমুদ্র খোংবান য়ৌখৰে পোথারম্বা লাই হিচাবনা চপ মান্নদা হৌগৎতুনা শিবদা ভক্তি কংলি। শিবনা হায় · করিগীনো ঐবু তাক্তনা সমুদ্র নৈরিবা? লাইয়ামদি কিবনা খুধা ওমখিদে, কাশ্যপ মুনিনা খুমখি, দুর্ব্বাসাগী শাপনা লক্ষ্মী ম্যাংখিবা মরমদগী সমুদ্র নৈরকপা শ্রীবিষ্ণুগী য়াথং ৬াকপানি হায়না মরম পুমনমক চিথদহুন মহাদেবদা কঙংখী। মহাদেবনা মহু য়াদে ঐগী শরুক হন্না নৈয়ু অহু নত্রবনী ঐ য়াংরাইদ .নী, হায়খী লাইয়াম্না শিবগী য়াথং হিকঙোকপা ওমখিদ্রে? কিনবনা থক থক নিকখরে। ৱানা চোকখহুনা নৈবম্বা লাই হিংচাবা পুমনমক তঙাইফদনা হৌগৎতুনা সমুদ্র অমুক হন্না নৈরক্লে। লাইস্ম হিংচাবস্ম দোরী ওইনিবা বাসুকীস্ম অরাবগী ওমথৈ য়ৌখিবনা? থম্মোইদা হৌরকপা মৈচাকনা শোরমপী হোন্দুনা হন্দক অ.ক নৈবদি ৱাবগী জাংতা হায়নিংঙাই লৈথিদে। মরমদি অসিনী। অহানবদা নৈখিবহুদি, শ্রীনারদগী য়াথংদগী খোজালগা লোয়নবা গুবা ওইবনা, ল্লাবা খংবা ওমথীবনি অমম্লুং নৈর নৈরগা আমৃত (অথুম্বা) থোকই হকমল্লবদী অমৃতদগী হু অথাবা ওল্লকই। লীনগা চীংগা তরুবদা মৈগুমনা শারকপনা, লীনগী মকু হুনো মশা অহু মচেং মচেং ওৎতুনা কেল্লে, বাসুকীনা মম্না কাদুনা হোন্দোরকপা শোর হূগা লোইনবগী মৈমে. লাইগী মুংশা মপী শোরগী মৈমে, চাংগা শমুদ্র ঈশিদা নৈবা ওৎপগী অশাবা ওল্লকপা মৈমে, চীংগা লীনগ ৱাইনবগী অশাবা মৈমে সমুদ্রদগী খংহোদনা হৌবা মৈহুদি মাইকৈ মরী শিনবা থুংখরে। নোং ঙানবদগী হুমিৎনা থেংওকপগী মতুংইনবা মৈশা হেনগংলকপগুমনা? অসুম অদুম হোজিল্লকপন জগৎ থাংবা ওমনরকত্রে। চুমনগী মৈ নত্তে হুগী মৈনী প্রলয়গী মতমগুমথরে, গতি লৈত্রহুনা লাই সভানা মহাদেবগী মফমদা হায়জৈ ইবুঙো মাংবা তারবা জগৎপু কনবীয়ু অসিনচিবা হায়জ-ৱবদা মহাদেবনা জগৎ শিনবা থুংখরবা হুবু খোমজিন্দুনা চখোম অমত্তা ওইনা য়োংশংঙৌগু না উমশিনথরে। মহুনা পুক্তা তাহনখিদে খোৱীদা পিকমা তাশিনহুনা থমখি, মপাললোমদা ফাওনা হু লৈফম উবনা শিবগী মমিং অতোপ্পা অমা নীলকণ্ঠ হায়না খংনখি অমসু' প্রলয়গুমা মাইকৈদো শেংনা ঙানখরে, অৱাবা কোকনখরে। লাইয়ামগী লৈশী লৈথোনবদা মহাদেবনা নৈবা তোক্লো হা বিরে। শিৱগী য়াথংদগী অহৈদগী ওমজবা মন্দর চীংহু বাসুকিনা হান্নগী মফমদা থমলুরে। পোথানম্লে, তোল্লবা শ্রীহরিগী মনাইনা হায়জৈ, অমৃতগী ইচেননী তাজবদা পুন্যগী মশকনি মঙ্গি ব্যাস কাব্যনি।

---

## অধ্যায়

# অমৃতগীদমক লাই হিংচাবা খৎনবা

### শ্রীকৃষ্ণনা মুহিনীরূপ ওইবা মতাং

ঋারী অসি তাবদা শৌনকনচিবা মুনিশিংনা হায়খী, হে ঋারী লিবা সৌতি! মহাক্কী ঋারী অসি তাবদা অঙকপ ওইনা তাখ্রে অমসুং করিগী লাইসভানা সমুদ্রদগী থোকললকপা পোৎকী মথৈ লৌখিবা, হিংচাবদি কমদৌথিবগে? মথাগী ঋারী চিখ্দনা লয়ু। মাহু ঐখোয়না তানিঙঙী দৈত্যগা দেব সভাগাহু আমৃতনা কনদৌখরে। সৌতিনা হায়খ্রে তাবিয়ু ব্রহ্মসভাবু। মমল নাইত্রবা শগোল, শামু, মনি রত্নচিংবা লাইগী ভাক্ত ওইখরবনা। হিংচাবশিংনা শাণ্ডিখিবদি ঙমথৈ লৈখিদ্রে মথোইনা অমৃত চফু কোন্দুনা লাইদা পিররোই হায়তুনা লৌশিনখরে। অহুদা লাইগ হিংচাবগা অমৃত মুমবদা অমসুং খৎনখিবতুদি অমুক পান্দম লৈখিদে। হিংচাবনা হায়, লাই হিংচাবা ঐথোট মাযনা ঋামিননবদগী হু কামথোককদব মচিল্লোংদা ঐগোৎবু পাইহন্দুনা হিং- চাবা ঐখোয়না ঋাবা হেনখরে, তৌইগুম্বসুং সমুদদগী থোকললকপা পোৎকী মথৈদি, লাই নখোয়ন লোইনমক লৌবদি অচুম হৌনব্রা? হায়তুনা চোংশিননতুনা লৈনগ্রিংগ ফুনখরীবা অকনবা লানকম অমা ওইখরে। মহাদেবনা ময়াইদা লেপতুনা থামখী। খৎনগম যেননৌ। লাই, হিংচাবনা কনানা য়েলগদগে খল্লিদৈদ, উবিতনা শ্রীনরায়ননা মায়ানা মুপীগা শকুম লৌরগা জগৎ শুন্সাংন বগী মতৌনা তপ্পা তপ্পা লেংশল্লক্লে। হন্দক্কী রূপ অসিদি ফজবদা প্রমান অমা পীনিংঙাই লৈতে হায়নিঙাই লৈমন্দতুনা হাননগদৌবা মঙাই, প্রমান্দুনা ঋাংতুনা তোক্লগদবনী "মোহীনি" হায়না খংনয়ে। জগত লাইস্ন মীসু সুমহৎনবগী মশক্তি, লোইনা সুমংৎনবা ওইরবা শকফমনি হায়বগী মুহিনী কৌবনী। লাই হিংচাবা মহাদেব পুমঙক ঙকতুনা মুহিনীদা য়েংবদা মমাংগী থবক মতুংগী ঋাথল পুমকাও কাওনংরে। য়েংলুবা খুদিংদা মিৎকম হোংবা য়াখিদে, অহানবদা য়েংলুবা মীংম্নেংন কনানা চরন্দা. কনানা মাইথোংদা অচুম য়েংখিয়ে। খ্বাইমক্কগী হেন্দোকনা মহাদেবদী জ্ঞান পুম্নাং মাংখরে। ঙাইহাক লৈরগা নিংশিংবা জ্ঞান তারকতুনা পাখোম ভিংতুনা ফাগে হায়দুনা থৎলুয়ে। শিবনা হায় হে ইবেম্মা নংবু কনানো॥ ঐদি মহাদেবনী দুর্গা লক্ষ্মী. সরস্বতী শচী অরুন্ধতী, উর্বশী, মেনকা, রম্ভা, তিলোতমা, রতী, অমসুং নাগীনি, মাগুষানচিংবা মরোল অচুম্বা লৈবী মুপীনা এবু খংবনী ঐনসু মখোয়বু খংবনী। অহুদা মহাক্কী করীগুমবদা উখীঅঁ খংখীদরী মরম অসিনা ঙাইহাক্তং নংগা ঐগা খুৎ-খুৎকা পাইনহনা অথুপ্পা ঋারী শামণী। শিবগী ঋা তাবদ মুহিনীনা হায়, হে মহাদেব খ্বাইগী ফিজেৎ লৈতেং চিঙ্গাক নৎতবনা নংগী ওইবা উংতৈবা হকচাং হনুবা নহাক্লা [illegible] শেকপা মতিক চাদে; অমসুং নহাক্তি যোগানি, যোগী লাইনিংবা নংনা

অহম হাষবা হৌনবে। শিবনা করী হানো ইবেম্বা তাইবংপানবদা লৈবা পোংশক অরেম্বা লৈরবশিংবু লৌখৎলুম্না লেয়া মাঙহন্নবা ঐহাক্কী, অথোৎপনি থনগনু। ঐগী ইচা ভার্য্যা পুম্নমক থাদোক্লগনি, নংতনা ঐগীনি থম্মরগে। অঙকপা হানি হে ভুতনাথ! করম্না ভার্য্যা থাদোকপা হায়গনু ইবুঙো হৌজিকমক জটা মরক নক্কোকথক্কা গঙ্গাম্বা লৈরিদো। শিবনা হায় হে নিংথিজরবী দুর্গা চাম, চাম গজা চাম চাম, লৈসমু ভসিদগী নংগী সেবা তৌহনগে, ঐমু নংগী দাস ওইরগে মোহিনীনা হায়—হে মহাদেব লৌনম্ন তৌবা বাহৈনা অমুক হায়রগনু। শিবনা—ইবেম্বা ঐনা হায়বা হাবিত্রবদি নখিং খিংবা য়েংহৌরো ত্রিগুণনা পুক্তা খিন্দুনা ইতোমতা প্রান থারগে হায়রগ ত্রিশুল পাররগা পুক্কা পাল্লমথরে। মনাই ভক্তগী ভক্তীগী মখাপোনবীরবা শ্রীহরিদো॥ মনাই মহাদেবগী মাইকৈদা থৌজানবীগে থনবীহুনা মোমোন নোক্লা য়েংবী শিবগী মতৌঅমু উরবদা মোহিনীনা নোক্ল নোক্লহুনা খুজেং পাইহুনা থামথরে। হে শিব ইনাইগী জ্ঞান ঐনা থংলে ঐবু নিংবদা কনমনথিহুনা পংলোন লোনবনি। অহুম ওইনমক পুকচেল চুম্না ঐবু নিংবা মীদদী মাপী নিংবা খুংহনবীবনী। ইনাই ভক্তত্বু প্রেম আলিঙ্গন তৌবিরগা; পোল্লবা জগংকী মীংজথবু থুংহনবীবা ঐনী। হাসি হায়রগা কোনবীবদা খুংথক অহুমক্তদা হরি অমসু হর অনিমক্কা হুকচাং অমত্তা ওইনা লেপথরে। য়েংবদা অমনা কদাইদা চংথরবগী মতৌগুম্না উঅমথক্তা ওইথরে। শ্রীহরিনে হরনে অনিমক্কা একদেহে ওইহুনা ভাল্লিবা শ্রীরূপতো দেব সভা দৈত্য সভানা অঙকপা ওইহুনা দরশন তৌজবদা; অমতদি ওইরগা তংখাই অমনা মম্পী উংকী লৈংজংবা তংখাই অমনা কম্বরীনা লৈতেংই, ওকশমগী চা'দমসু তংখাই অমনা মী মকোক পরেং, তংখাই অমনা বনমালানি। খাংদা য়েংলুরে তংখাইমা কৈ মউননি, তংখাই অমনা সনা ফিগে থোল্লি, চরন নাম্বনা লিনগী খোংজিনি, নাম্বনা সনাগী নপুরনা লৈতেংই নাকল অমদনা শঙ্খ, চক্র, হস্ত নাকল অমদা ত্রিশুল তম্বুর থোল্লি। শিব দুর্গা, বিষ্ণু, লক্ষ্মী, মুর্ত্তি মম্নিনা অমতা ওইনা লেপ্পনি। ফংওমত্রবা শ্রীমুর্ত্তি মরিম্না তিল্লবা মহৈ য়ান্থরে। ভাংনা ক লবা করিগুংদা ওইথোক্তবা ওইস্নু, ওইররোইদবা শ্রীমুর্ত্তি অসিগী শ্রীচরন খুম্নাথাদা দেবা দেবী দৈত্য দানব যক্ষ রক্ষ গন্ধর্ব্ব, কীনর পুম্নমকনা চংজখি। (শ্রীব্যাসগী মুলদগী) শ্রীকাশীরাম দাসনা পাংার ওইনা ইথোকথরবা মহাভারতপু অমুক নোনা পুরাম শাস্ত্র অয়াম্বদগী থোমজীন্দুনা হারীগী শৈরেং ওইনা মীতৈলোন্দা ঈথোকপীরম্বা পৌরাণীক পরীষদকী লুচীংবীরমবা ৺শ্রীলাশ্রম গোকুল সীংহ অধ্যাপক পণ্ডিতকী শরুকনী, অসীবু তোল্লবা সেবক শ্রীহরীদাস সিংহনা গুরু সেবা ওইনা নোনা শীন্দোকতুনা কচ্চবনী অরানবা কয়া য়াওরবগু ঐগী লোম্বনী অসোয়বা করাবু বৈষ্ণব সমাজনা ভাকপীনী নীংজে। ইতী॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥

# অধ্যায়

## অমৃত য়েনবা

### রাহু কেতুগী মতাং

রারী নীরিবা সৌতিনা তারিবা মুনিশিং য়েংহনা হায়রজখী, তাবীয়ু ব্রহ্ম সভাবু। হরি হর মিলনগী মতমদা লাই হিংচাবশিংনা অহানবা উরমবদগী উথিদহনা "কজবী" অহু মাংখরে হায়না তথুনা নৈনখিবনি খংহৌদনা মাংবা অমুক হননা লেংথোবক্লবদা চেনশিন্দুনা লাইরাবনা কোইশিন্দুনা মিংবুংনা য়েংনখি অমসুং নহাক কনানো কনানো ? হনেখি। লাইনা হিংচাবনা কোইশিন্দুনা হংলকপা রাকমহু তারবদা মোমোন নোকহুনা মোহিনীনা খুমখি। ঐদী নখোয়না নৈবা ক্ষীরদা সমুদ্রদগী থোকলকপনি, ইমিংনা মোহিনী কৌই লাই হিংচাবনা সুতায়রেদা ঈবেম্মা নহাক্লা অমৃত য়েনবিয়ু নহাক্লা রায়েনবদা ঐখোয়না য়াজরগে। অমৃত মুননবগীদমক ঐখোয়না অকনবা লান তৌগরে অমুক কনবা লনদী মমাংদৈদা থোকখিদরী। মহাদেবনা খামবদগী লান লেপ্পদগী অমসুং ঈবেম্মা নহাক্কী নশক উবদা খংনবা তোকখরবনি। মুহিনীনা হায় ক্ষবে অহুদি লাঈনা নাকল অমা হিংচাবনা নাকল অমা তোপনা তোপনা লৈনরো অমৃত চক্ষুদো ঐতোন্দা পিবো। লাঈ হিংচাবনা মহুমক তৌরে লাঈনা অহননী লাঈদগী য়েনবা হৌগে হায়হুনা মুহিনীনা আমৃত য়েনবা হৌবরে। আমৃত চক্ষু নাকন্দা হাপলগা পাত্রমচা অমনা কন্দুনা অমুম মথং মনাও অহন নগা থাঈনা য়েম্নকঈদৈদা, রাহু হিংচাবহ লাঈ ওন্দুনা য়াওথরে তাবিয়ু শ্রুত্তা খিবিকপু শ্রীনবাযণনা ওঈবা মোহিণী থম্মোঈদা নিংডী, হিংচাবদা অমৃত পিথহুন ওমব ওঈথববদি জগৎ পানবা ঙমলবোঈ য়ারবদি হিংচাবনা পিথকনরোঈ খনখী। সিংহিকাগী মচা রাহু হিংচাবনা মায়া তৌহুনা লাইওল্লগা লাঈগীমরক্তা য়াওবগ কনাম্মু থডখিরে। মরম অহুনা লাঈশিংদা মথং মথং য়েন্দুনা ইন্দ্র, যম, কুবের, মৈনচিংবা লাঈ কোট কুন্ত্রাহুমদাঈ মশিংমুনা চিথদনা থুংখরে।

খবদি লেমহৌবী, মতম অহুদা লাইয়ামনা অমৃত থক চারিবৈদা রাহুনা মায়া তৌহুনা লোয়া মরক্তা চংহুনা হুরান্দুনা থক্লম্মে মাহবু উহুনা নুমিৎ খা অনিনা বিষ্ণুদা তাকশোকখরে। খুদক অহমক্তদা শ্রীবিষ্ণু (মোহীনি) না অরেম্বা অমৃত অহু লোইনা থকচিন্নখরে। অমসুং সুপীগী শকফম খাদোকতুনা অকিবগী শকফম ওইরবা খুৎলাই মথল কয়ামুকনা নাক য়েংতা লোইনন। হরিগী মূর্ত্তি ওইখরে। অহু উবদা পুময়কনা কিবনা নিকখ্রে, মরক অহুদা নরায়না 'সুদর্শন'

চক্র লংঙতুনা রাহুগী মকোক ককখরে, মতুপ অনী থোকতুনা অকাশতা পাইথী। অমৃতগী গুনা শিথীত্র, অমর ওইখ্রে। নরায়ণনা গ্রহ ওইহনরো হায়রখি মহুদগী হৌনা গ্রহ মাপল শুখিবনী। অহানবদগী রবি, চন্দ্র, মঙ্গল, বুধ, বৃহস্পতি, শুক্র, শনি তরেং অসি লৈরম্বদগী রাহু হিংচাবগা মকোক্না রাহু, মমৈনা কেতু হায়না ওইখিংনা গ্রহ মাপল শুখিবনী। অদুগী মথংদা লাই হিংচাব ওনশিন্নবতুনা প্রলয়গী মতমগুম লাল শোক্লবে, অমুক হাপ্নিডায় লৈতনা মানম বদা লাইদি অমৃত থকলবনা পাঙ্গল কল্লে! হিংচাবদি অমৃত থকহৌদবনা পাঙ্গল শোঙ্খবগী থাংবা ওমত্রতুনা চেননখি।

সুমিংপু থাব রাহুনা শাওখিতুনা য়োংলগে হায়তুনা মমাকাংনা ডাইখ্রে, অসোমদন সমুদ্রথোংবান্দ লাইগা হিংচাবগা ওনশিন্দুনা মহাপ্রলয়গী মতৌগুম অকনবা লানজাও ওইখরে। লানফম অসিদা সংসারগী মরু ওইবা পৃথিবী সুমিং মৈ, ঈশিং মুংশিংনচিংবা য়াওথিবনা, সুমিংকা থাগা পৃথিবীগা লৈমরিবা থোংচং অসিদা। আগ্নি "উপাহিতদণ্ড" কৌবা পুংকম অহু ওইহনা পৃথিবাগা সুমিংক মমি (ভুছায়া) তানতুনা মতম অহুদা রাহুনা গ্রহণ তৌবা ওইথী। অহুদগী হৌহনা ওসি কাওবা পুংলুপ অহুনা তারবা কান্দা গ্রহন তৌখিবনি। মত অমনা চন্দ্রদেব অসি কলা ১৬ নি, পুর্নিমা মতুং কলা ১মম শথরকপনা থাশি সুমিত্তা কলা ১ থক্তা ঙাইহনা সুমিত্তা তিনশিল্লি। চন্দ্রগী অয়িংবা কলাহু তিঘনা সুর্য্যাবু থাশি সুমিত্তা রাহুনা গ্রহন তৌব। ওইথি গুরুগী শাপ্না চন্দ্রদেব কলা ৩২ ওইরম্বদগী ১৬ থাইদোকখিংনা ১৬তমক ঙাইহৌরবনি। অহু ফাওবা নোংমতং পুর্নিমা হায়তুনা ১পুং ফারগা শিথবা ওইরক্লনা থাশি পুনিমা নাইথরাবনি। গ্রহন তৌবগী নিয়ম অসি ভুছায়া পৃথাগী মমি তারকপা, অগ্নি উপাহিতা দণ্ড মৈন শাংবা চংপা মতম দণ্ড অসি? পুর্নীমা অমা বৈশাদা তাগল্লি, মাসী চন্দ্র সুর্য্যাগীদম্বা অরাব মতমনী। লাই হিংচাবগী অকনবা লাল অহু তৌকনবা লেংথরব শ্রীনারায়ণনা অমুক থুংলাই কয়া মরুম্বা লান অহু ঙাক্লে। অহুমওদা হিংচাবনা শাওবনা (অমৃত থংহৌদবদগী) লান তৌকখিদে, বিষ্ণুগী সুদর্শন চক্রনা কিহনখী, হিংচাব কয়ামকমমু শিথী, অমম্বুং সমুদ্রদা লুপ্তনা হিংচাবশি মাংখি, কয়ামুক্না কাঙ্গিহনা চেনখি অহুদা লান তৌবা তৌকখ্রে।

---

## অধ্যায়

# কদ্রূদা বিনতানা মীনাই ওইবা

### অমম্লুং গরুর পোকপগী মতাং

সৌতিনা হায় ! হৌজিক্তি বিনতা মীনাই ওইবগী অমম্লুং গরুর পোকপগী ৱারী লীরক্লগে মহৃদা অসিনী, কদ্রু, বীনতা অনীনা উচ্চৈঃশ্রবা শগোলবু, মচুগী থৎনবা বিনতানা অঙোবনী। কদ্রুনা অমুবনী হায়না য়েংনৈ ; তশে বদি অঙোবনী হায়ব চুমই অত্তত্তবু কদ্রুনা অনম কনবন অমুবনী হায়না কন্ন য়েংথী, মুমিং তারদ্রনা হয়েং সমুদ্র থোংবান্দা য়েংনরু'স অৱানবনা মীনাই ওইননী হায়নত্তুনা মাগী মাগী জাগাদা অহিং অত্তু লৈনখরে। মুমিদাংদা কদ্রুনা মচাশিংদা হায় লীন্ নখোইগী হুনা কুপ্তুনা উচ্চৈঃশ্রবাত্তু মুহললুরো অহিং মী উত্ত্রিদৈদা লিম মচাশিংনা হায়রকই ঈমা করি মরমগীনো। কদ্রুনা হায় শগোলত্তু নোংডাল্লগা বিনতাগা ঐগা য়েংনগদৌরি। মুহনবা ঙমলবদি নন্দোম্না ঐগী মীনাই ওইগদৌরিবনি। মমাগী ৱা তারবদা মচালিলম্‌শিংনা হায়, ঈমা মীনম্বা থবকতু তাকপীগনু। মচাশিংগী ৱাতাবদা কদ্রু শাওখিত্তুনা, শাপ তৌরকই। মমাগী য়াথং থওইদবগী দোশনা চন্দ্র বংশগী জন্মেজয় নিংথৌগী যজ্ঞদা লিন নখোয়গী জাংসে উংওইনা ডুম্ন-মশন্নু। মমাগী মীচৈত্তু তাবদা কিরত্তুনা লিনশিংত্তু চেনখিত্তুনা, শগোলত্তু হু কামশিন্দূনা মুহনখী. অত্তু উবদা *অতিয়াদা লাইশিংনা লৈ চাইথখী লিনবু মুংশিদবনা। কদ্রু বীনতানে, নোংডাল্লবদা সমুদ্র থোংবান্দা শগোল য়েংবা লাক্লরে, মথোই অনিনা ঈশিংগী জীব কুম্ভীরনচিংবা চাওর চাওরবা উবদা কিরমই অমম্লুং মখংদা উচ্চৈঃশ্রবা উকরে। শগোল অত্তুদি থাগী মঙালগুম লংনা ঙৌবনী, অত্তবু শীনগী হুনা পুময়োম য়োমশিনখিবনা অমুবা ওইনা উংরে। কদ্রুনা অচুম্বা

---

* ব্যাখা লিম্না য়াম্মল্লবদি মত্তু কনবা লীম্না চিকতুনা জগৎ জীব য়াম্না মাংহনরগনি মরম অসিনা মমাগী শাপনা সিদ্ধ ওইত্তুনা। লিন মগামসে তুংদা পোক্লগদবা যন্মেজয়গী যজ্ঞদা লীম মন্নাম শিথরবদি জগৎ জীবগী উপায় ওইরগনি খননত্তুনা লাই মন্নাম গন্ধর্ব্ব কিন্নর, অপসরা মন্নাম হরাওনত্তুনা জগোই ঈশৈনা অতিয়াদা পুমনিনিনখিবনী অমম্লু লাইগী নোংদমদগী মচাগী শাপ্প কনবনা কদ্রু বিনতা অনিনা উচ্চৈঃশ্রবা শগোল উকরীবসী মুমিং তারমদাইদা কিরদা সমুদ্রগী থোংবান্দনী অত্তুনা লাপতক উবদা কদ্রুগী মিৎয়েংদা অমুবা মচুগুম হায়রকেং উথিত্তুনা অমুবনী হায়রবদগী নিংগাই তাননবা ওইত্তুনা ৱাকমত্তু য়োনথীবনা মীনাই ওইনবা তানখীবগী কদ্রুত্তু মত্তুংদা অংঙোবা মচুমী থংলত্তুনা লোননবীগী হৌনশা মনাওংবু মিনাই ওইহনগে হায়ত্তুনা মবুক কত্তবদগী মচাশিংদা ইনসিন্দুনা লিনগী হুনা কামশিন্দুনা, মুহনখিবনী। ইতি।

তাখী। বিনতানা কদ্রুগী মীনাই ওইখরে। তিন মচা ময়ারা শাপত্তোক বিবদা পুখ্রকা কদ্রুনা মচাশিংদো য়েংহনা হায়, নচন জরৎকারুগী মচানা জন্মেজয়গী যজ্ঞদগী কনখিরসনু।

মতৌ অসুমনা বিনতানা কদ্রুগীদা লৈত্রবা কাল্দা ময়ুমদা মরম অমা লৈহোবত, চহি চামঙা ৫০০ লৈরুবনী, মতম চানা মপুং ফারবনা, পোকখাইহনা উচেকী মতৌগুম্না মশা পাম্বুনা হকচাংদো খোং খুং মীগুমনা, মশা অমসুং মচিননা উচেকফুম্না পোক্রক্লে। অঙকপনী! পোকপগা মৈ মতুম অম্না চোংথোককুমই, জয় জয় চাওখংখিহনা রাংবদা আকাশদা পাল্লম লৈতনা রাংখৎখরে মঙালনা মৈগুমনা চাওখোকলকপনা, জগৎ চারুদোবা মতৌ ওঙৈখী। অদু উবদা মৈমনী নীংহনা মী লাই অমদী জীব পুম্নমকনা মৈদা হজিনবীয়ু হায়রুখী। মৈনা ঐ নত্তে, বিনতাগী মচানী য়েংলুসী মাঙোন্দা হায়জরুসী মহাক্তি পৃথিবীদা লৈবা দৈত্যনচিংবা কত্তবনু মাংহন্নপা অকনবতা শেম্বিহনা লাঙ্গি নখোয়গী ফগদোরিবনী? হায়রগা মৈগা লোয়ননা লাক্লে। দেব সভানা খুদক অদুদা মনাক্তা নক্কদবসু কিহনা অতিয়াদা লেপলগা য়েংই। অঙকপনী শকফম অদুদী মৈ পাম্বীগুমবনী হকচাংদা মমীৎ অনিদা লেংদনা লৈববদু নোংথাংগুমবনী পুম্নমক্লা মিৎয়েং চুমনা য়েংবা ঙমখিদে দেব সভানা খননবা মসিদী লীনবু মাংহনবা চাখোকপা হু কোকপা ঙমদোরিবনী মরম অসীনা "গরুড়" কৌরসী হায়না লেপখরে। অদুগী মতুংদা লাইয়ামনা গরুড়দা ঙমদা মখৈ লৈসী লৈখোন্দুনে হায়জবদা প্রলয়গুমবা মৈ খোমজিন্দুনা মশা অদু পিকথহনা অকিবা মৈচাক অমসুং ঙংলমবা তোকখরে। অদুগী মতুংদা মীওই চাদনা লৈরবা নিংথমলবা হকচাংনা ওইবা? ময়ামবা অরুনবু উংনা সুমিংকী মনাক্তা থমলুগে হায়না নিংখী।

মতম অদুদি সুমিংনা তাইবংপানববু চাকথেকদগুম্না য়াম্না সুমিংকা মৈশা কল্লিবা মতমনি। অদুনা জগৎকিসু ফনবা ইস্বরগীসু ইমানা থাম্নদনা পোকহললুবগী ইনথবা অসিসু উপায় ওইরসনু খল্লি অসি তাবদা রারী তারিবা মুনিশিংনা সুমিংনা করিগী মৈশা কল্লিবনো? মহু লীয়ু হায়খী। সৌতিনা হায়বৈ মাহুদী —রাহুনা মায়া তৌহনা থকখীব অমৃতনি তাক্লবদা সুমিংপু গ্রহন তৌখিব (আগ্নি উপাহিত দণ্ড) ওইরকপদা পাপ গ্রহ ওইহনবসি সুমিংনা শাওখি। লাই নখোয়গী ফননবা তাকলুরগা ঐনা অরাবা ওইরি (ভুছায়া) তাবা কান্দা লাইনা উপায় তৌদে অসীনি। মতম অদুদা লাইনা ব্রহ্মাদা হাংজখী, ব্রহ্মানা হায় কিরম বীনতাগী মচা পোকলগা অদুপা সুমিংকী মৈশা থম্বুনা লৈরগা তাইবংপানগী অশাবা মৈশা কোকসনু হায়খী! অদুনা গরুড়না ময়াখা পুরগা সুমিংকী মমাংদা থমখরে, অ সুং শগোল তরেৎকী চুপলী পায়রগা সুমিংকী সারথি ওইরগা হেন্না কল্লবা সুমিংকী মৈশা ঙাকখরে।*

---

ব্যাখ্যা।) অকনমা নোঙাঞ্জমদাইগী অয়িংবা স্নুমিং শিংলকপা মতম অসিবু রামবা ঈঙহুনা

# অধ্যায়

## বিনতা মিনাই হন্দোকুবা আমৃত লৌবা চৎলমদাইগী

শায় থেঙ্গুগী য়ায়ী মতাং ॥

সৌতিনা হায়জখী, তাবীয়ু ব্রহ্ম সভা ! গরুবনা সূর্য্য লোকগী হল্লকতুনা ক্ষীরদা সমুদ্রা মনাক্তা মমাগী মফমদা খুরুমজৈ । মমানা মাইথোং লাংশিন্না লৈবা উবদা গরুরনা হায়জরকই । ইমা হৌজিক্তা ইয়াম্বগী অয়াবস্থ কোকলে কবিগী মাইথোং মকশিনবা মথৈ চিন্তা তৌবীরিবনো । মচা গরুরবু চেংনা কোল্লগা বীনতানা হায়জবকই । হৌজিক্তি ইচাগী নপান্নগী, ইমাগী অয়াবা লোইনা কোকলগনী । মতম অদুদা কদ্রুনা কৌহুনা হায়বকই ? বিনতা ঐবু মনঙ্গন্দা পোবো ? ইচালিশিং অসিবু গরুববু পুহনহুনা ইচাশিংগী লৈঙ্কম বমনকা দ্বীপ্তা থুনা য়ৌশি পাইয়রো । মচেমগী য়া তাবদা বিনতা মচাবু য়েংহুনা হায় ইবুঙো নঙ্গালগী য়াথংসি ঙাকত্ত নয়ামবশিংবু নঙন্দা হাপকল্লু রমনক দ্বীপ য়ৌবসি । বীনতানা কদ্রুবু পোরে গরুরনা লিন ময়াম্বু মনঙ্গন্দা হাপল্লগা । অত্তিয়াদ পাইয়কলে । অয়াংবা সূর্য্যমণ্ড য়ৌনা পাইথৎ লকপদা লিন ময়ামহু সুমিংকী তেজনা চাকথেক হুনা লোইনা য়াম্থবে মচা ময়ামগী অয়াবতু উবদা, কদ্রুনা ইন্দ্রদা হায়জরকই । মরান অহুম গী মবুংঙো হে ইন্দ্র, সুমিংকী তেজনা চাকথেকতুনা য়াম্থবিবা । ইচাশিংগী থয়াইদদী ইবুঙো মান ঙাকপীয়ু । অস্নুমা মচাহু শিবগন্ত্রা থললহুনা কপ্লগা হায়জখী ? কদ্রুগী ভক্তিদা পেল্লহুনা ইন্দ্রনা নোং মংহন্দুনা সুমিংকী অশাবা মণ্ডাল থপ্পনখী । অমৃতগী নোং চুথহন্দুনা লিনয়াম্বু হিংহনখি । গরুবনা লিন ময়াম্বু পুহুনা বম্যক দীপ যৌরকলে । লিনগী লৈঙ্কম য়ুমশিং অহু সনা রূপা মনীমুক্তা লিক লাই পুহাননা যেক খোংতুনা থাম্মী । চন্দনগী বন হৈগী বন লৈগী বন লৈ, পুখ্রী থঙমবাং থৈবিঙা থরো থমবাল থারিকথা শাংলী মমন খুংশিবা অয়িংবা খুংলিং শিংলী ? য়েংবদা পুকনিং হুরবা লিনশিংগী লৈঙ্কমনী । মাগী মাগী মহুমদা খুংঙাইনা মনিং থবা তমনা সুঙাইনা লৈ নোংম অমুকন্থু লিন ময়ামনা গরুরদা হায়য়কই নংদী নপাজন তৈথা

---

ইনথখা হেল্লকই । মতম অহুদা অরুনা সুমিংকী অসাবা তেজবু মশা মশানা কৌশিন্দুনা থমোই নৈহল্লগা ইম্বুহু খাংই । অরুনগী মশা শায়কতগী হায়দোকলকপা সুমীংকী তেজনা উদয়াগীরিদা ঙাল্লকপা ঙাঙ্গানিবা মচালবু । জগতনা অরুন্ কিরন চিথৈ হল্লকপা হায়না কৌনৈ । ইতি ॥

পাইকা ভক্সা উচেক্লী ঐখোংবু পুরগা মকম খুদিংদা কোয়না পাইদ্বনা চংলু ? ননঙ্গন্দা তোলগা শাগ্গুম্না লম য়েংগে। লিন ময়ামগী রা তাবদা গরুরনা মমাগী মনাক্তা চংশিল্লুনা হায়রকই। ইমা ঈয়াম্বা লিনশিংনা ঐবু মীনাইগুমনা ইথক্তা তোক্সে কোঠনা পাইদুনা চংলু হায়বসী করিগী নো ? ঐ রায়া ছুংভাইতে। বিনতানা হায়রকই ইবুঙো লাইগী নোংদমদগী ? ইমানা নক্সালগী মিনাই ওইবা। মীনাই মুপীগী মচানিনা নংসু মখোইগী মীনাই ওইরবনী ? মরম অসিনা মখোয়না হায়বা য়াগদবনী। মমাগী রাহয় অসি তাবদা গরুরনা হংলকই ? ইমানা ইক্সালগী মীনই ওইরীবসি; ওইংবা মরম কন্দগীনো ওাকপীয়ু ? মচাগী রা তারগা বিনতানা, মমাংউেদ মীনাই ওইথীবগী, রাকম পুন্নমক তমহনা তাহল্লে। মমাগী রাকম অহ তা দ স্বর মপী হোন্দুন মিং অনীত্থ ঈগুংনা ডাংকুনা॥ য়ায়া শাওনা হোগংতুনা মক্সানগী মনাক্তা চংথরে। মখুং অনী লোংহনা মক্সানগী মফমদা হায়জনকঈ ! ইক্সান ঈবেক্সা নচানা ঈমাগী মীনাঈ হন্দোকচগে মমল করি কংচো হায়বগে তাকপীয়ু। গরুরগী রা তাবদা কদ্রুনা হায়রকই ইবুঙো নমাবু মিনাই হন্দোক্কে হায়রবদি! স্বর্গদগী অমৃত লোকয়গা ইক্সান্দ পীয়ু। অদুনা মমন ওইদুনা নমা-মীনাই হন্দোকপা য়াগনী। রা অসি তাবদা গরুর গুভাইজরদুনা মমাগীনাক্তা হল্লকলে। মক্সাননা হায়রকপা রাকম পুন্নমক তমমগা মমাদা অমুক হায়রকই। ইমা রারীক্তরগম নচানা অমৃত লোকয়গা মীনাই কোক্লগনী নচাগী অন্নাম থোরাংবা কোকতুনা পাগল ওইনবগীদমক॥ ইবুক থননা চয়া অমতং পীনবীয়ু। মচাগী রা তাবদা বিনতানা হাইরকই॥ গরুর যমুনাগী থোবান্দা ডুন খুজং অমা তারবনী মাছ চাক। মাদুগী মন্থংদা ব্রাহ্মণ অমা য়াওরিবনী মাছু চাকুমু লান হৈদবা ব্রাহ্মন্দ লংজহৈদ। ইমানা হায়রিবা রাসি ঐনা পংথায় হায়বা নত্তে শাস্ত্রগী রানী লংজরুরবদা মীছ অরাবা নংবনী*। মৈনা চাকখবা ভুমিংকী তেজনা কথৈকথিবা অমুক মযোন চোংথংলকই লিম্না চিকপা হিদাক লৈবনী। ব্রাহ্মনগী অশাওবা মৈনা চাকপদী? অমুক হম্না মযোল চোংরবনী হায়বা সাস্ত্রগী প্রমান লৈবনী। গরুরনা হায়জে ইমা ব্রাহ্মন হায়বছ মচু কমদোই করম্বা খুদম খংনবা লৈবগে তাকপা।। বিনতানা ব্রাহ্মণদী বর্ণ থৈবিক্তি গুরুনি॥ ব্রহ্ম তেজ লৈবনি মঙ্গি কণ্ঠদা চংহকলবদি মৈগুম্না শারককনি মাহ ওইরবদি ব্রাহ্মণ য়াওরক্লে হায়বা থংউ। ভক্তিন হায়জদুনা ব্রাহ্মনা চংজহৌ। ব্রাহ্মণগি থোজাল লৈরবদি লেপনা ইচাগী অল ওংগনি। রা অসি তাকলগ বিনতা রক্ষা মন্ত্র থিদুনা মচাবু নাল্লগা হায়রকই। ইন্দ্র, যম, কুবের, মৈ. ঈশিং মুংশিংনচিংবা। লাইশিংবু ভমহনা অমৃতবু পুরকপা ভমজো হায়না বোর পিরগা মচাবু বিদায় তৌখিরে গরুর মমাবু খুকমলগা পদধুলি মকোক্তা লৈতেংজরগা অতিয়াদা পাইখ্রে। গরুর

* মুল। অগ্নি দক্ষা পূর্ব চৈব: রৌদ্র দক্ষা তথৈবচ: ব্রাহ্মন চাণ্ডাল দক্ষা শাখচ: মচঃ পল্লব: ইতি॥

পাইরকপগী শকনা স্বর্গ, মর্ত্ত, পতাল নিকট ; মশাগী শউমনা প্রলয় খুংশিংকুমই। ভুম খুঙ্গং য়োথিত্তনা ময়া কাখৎলগা, স্বর চিংশিল্লকই? গরুরগী মখয়াংতা ভুম খুনগংগী জিব লোয়না চংখরে। ব্রাহ্মণ য়াংথিত্তুনা গরুরগী খোরীদা ব্রহ্ম তেজনা মৈগুমনা শান্নরে। মতম অহুদা মমাগী য়াথং নিংশিংলকতুনা ব্রাহ্মনবু কোত্থনা লেংথোকপীরকউ হাবজরকই! ব্রাহ্মণনা খুয়কই ঐগী পবাইগা মাগ্নবা ভুম নীংথোল অসি য়াওদ্রবদি ঐ থোকলকপা ঙমগোই। গরুরনা হায়জে ঠাকুরানীগী খুদাং পাংদুনা লোয়ননা লেংথোকপীবল্লো গরুরগী য়া তাবদা! লোয়নবীগী খুদাং পায়হনা থোবল্লে। ব্রাহ্মণবু থুকমজবগা পক্ষিবাজ অতিয়াদা পায়থরে? মতম অংদা কাশ্যপ মুনিগা মচা গরুরবু উবদা কোহনা মবম হংলকই। হে গরুর নংনা অগাম থোনা বগী মঙ্গদা পায়বিবা কনিগীনো, গরুরনা খুরুমজরকই ইমা লোয়নবীগী যাথংদগী স্বর্গদা অমৃত লৌবা চংকদৌরী ইমানা ভুম খুঙ্গং অমদী পীজবে। অবেু ইবুক থন্দ্রহুনা লাথনা থাংবা ঙমদ্রে; গুরুদেবনা ইবুক থজবা থবা পীবিয়ু নমাই নচানা নিজবী। কাশ্যপনা হায়রকই হে খগেশ্বর, নংগী নহুক থজবা ইপানা পীগে; জমূদ্বীপ্তা চংলো লাই মী খংদা ফাওববা পুখ্রি অমা লৈবনী মাহুদা শামু অমা, থেঙ্গু অমা, শান্মংনহুনা লৈবনী॥ অনিগু ফাহুনা চাজক নবুক খনগনি। মংথায়গী বারী তাক্কে তাও স্মৃতি কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। বীমলা কোবী ব্রাহ্মণীগী গর্ভদা মচা অনি পোকই বিশ্বাবসু সুপ্রতিক কেই। ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ, মবন য়াম্না লৈনম্মী। মচা অনীগা শরুক য়েনবা-বমদনা, পুনর্স লোযহুনা শিখ্রে। মচিন মনাও অনীলন য়েন্নবা হাক্কুকত্তা॥ লৈকাই মা ফত্তবনা পংহায হায়জনবিহুনাগী থৎনবদগী মচিন মনাও শাপ তৌনহুনা ময়মনা শামু, মনাও না থেঙ্গু ওন্দুনা অমনা বন্দা অমনা ঈশিংদা, লৈংবা ফাওবা শাংবা তোঞ্জদহুনা হৌঙক ফাওবা থৎনবীবন। শামুনা যুথক কুন ২০ চাওবনী থেঙ্গুনা যুথক তবা চাংবনী মরু চাবগা লাইয়াম্নু ঙমজহুনা নমাগী সেবা ঙমজৌ। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরনা নংবু ডাকপীশন্নু, মরোন অহুমকপু ঙমগৌ। অসুম্না চানবীহুনা তাকপীরকপা কাশ্যপকী বোর ফংনবদা। গরুর থুনা য়ানন পায়থবে পুখ্রিগী লৈরাম মথক্তা শামু ঈশিলোমদা থেঙ্গু, কন্না লাম্হে নরীবা অনিবু মখুং য়েৎনা শামু, ওইনা থেঙ্গু ফারে অতিয়াদা পাইথংলগা কদাইদা ফমহনা চাশিংগে থন্দুনা কোইনা লৈহনা য়েংলকই। লাইলৈবাকী আমলা কোবা তীর্থগী থোবান বন্দা হৌরিবা বৃক্ষশিংগী ময়াইদা হৌব বট পাম্বী অমনা। খংলংনা গরুরবু কৌরহুনা হায়রকই — হে পক্ষা ঐগী ইশা শাক্লাও অসি য়ুথক চাম চাওনা যল্লিবশিনী। মসিদা ফমলগা মুংওাইনা চাবালাও হায়বকইব। য়াহয় অসী তাবদ গরুর হায়থবকতুনা উপাদা তোংলরে। গরুরগী ভারী থাংবা ঙমদ্রহুনা উপাদো প্রেক প্রেক লাওনা শেংথবকলে। উপা তেকথরক্রবদা পাইথৎলগা হস্থনা য়েংবদা। বালখিল মুনি লিশিং হুমক্ত তপ তৌদুনা লৈরম্বা উবে। অহু উবদা মচিম্না হায়থরকতুনা। উপাহু পৈথা তাব্রিঙ্গদা

কাখরে। মচিনা উ, মথুং অনীদা শাম্ন থেঙ্গু, লোয়ননা কাশ্যপ মুনিগী মকম গন্ধমাদন তান্না অতিয়াদা য়াম্না রাংনা পাইরক্লে। গরুরগী মচীন্দা চিকলিবা উশাদা য়াম্বত্না বালখিল্ল মুনিশিং তপ তৌরিবা অত্ত কাশ্যপ মুনিনা উরে। অত্ত উবদা হায়রকই। হে পুত্র থুবা থুবা মকম রাংব ব্রাহ্মণ লিশিং হুমফু লৈরিবত্থ য়েংঙু। শাওরকত্রিত্তৈদা ইপা অমুক্তা হায়জগে; অতিয়াদা লেপখো। কাশ্যপনা মথুং অনি লোয়নত্না নোল্লক্কা হারক্করকই— ননাই গরুরসে জগংগী ফননবা মুনি ময়ামগী থৌজাম্না মরম ওইহ্না পোকচরক্রবা উচেক্নি। মুনী ময়ামনা শাওবীদনা থৌজান পিনবীয়্ন! কাশ্যপকী ভক্তিদা পেল্লহ্না গরুরদা মঙ্গোল পীরমলগা হিমালয়দা চংখ্রে। বালখিল্ল ঋষিশিং চংথরবদা গরুরনা উশাসি কদায়দা থমগদগে হায়না কাশ্যাপকী মফমদা হংজরকই? মুনিনা হায়রকই কিংপুরুষ কৌবা চীংগী চীংদোন্দা লক্ষ যজন পাকপা জীব জন্তু লৈতবা মফমনি। মাহুদা উশাহু থমলগা শাম্ন থেঙ্গু চাজক। অম্নুম্না কাশ্যপ পিতাগী ৱাহায় অসি তাবদা? পুক্নিংথুডাইনা গরুর পাইখিনো কিংপুরুষ গিরিগী চিংদোন্দা উশা থাদরগা ফমহ্না শাম্ন থেঙ্গু চারে। মঙাল চাওবব মতীক লৈরবা গরুর, অমৃত লৌররগে হায়হ্না লাইরৈপাক তমনা পাইরক্লে। মতম অসিদা ইন্দ্রলোক্তা অমঙ্গল থুংলরে। মুনিংকী মঙাল মমাংনথরে। মৈবী শডাইশেন পাইরে নুংশিং অকনবা শিংলে, ঈনা নোংগুম চুথরে। ইন্দ্রনা শগোলশেল গুরুদা হংলকই গুরু অমঙ্গল লাকইবা অসী করিগীনো হায়বীয়্। বৃহস্পতিনা হাইরকই, মমাংঙৈদা তৌখিবা পাপনা হৌজিক থুডঙহ্না? বীনতাগী মচা গরুব কৌবা উচেক্তু, অমৃত লৌবা লাক্লে॥ লাইমাম্ন ঙমহ্না লেপ্পা অংত পুথরগনা। ৱাসী তাবদা ইন্দ্র শাওহ্না মনাইশিংদ য়াথংপীহ্না, লাংয়াম থোমজিল্লগা লানগী শেমশাহ্না লৈংরে। মহাভারতকী ৱারীবু মাংতে লোন্দা ইথোকচবনী পৌরানীক পারিষদকী য়াথংদগী শ্রীহরিদাস সিংহনা ওঝাগী শরুক সেবা কচ্চবনী। হরিবোল হরিবোল হরিবোল

---

## অধ্যায়

## ইন্দ্রগী মফমদা বালখিল্ল মুনিশিংনা

### শাপ তৌবা মতাং

ৱারী তারিবা শৌনকচিংবা মুনি ময়ামনা হংলকই। হে— সৌতি মমাংঙৈদা ইন্দ্রনা করি পাপ তৌখিবগে? শন্দোক্না লীব্র সৌতিনা হায়জৈ, তাবিয় মুনি সভা ঐ লিজরকে,। মমাংঙৈদা

পিতা কাশ্যপনা যজ্ঞ তৌই যজ্ঞগী শিং থিবা ইন্দ্র, বায়ু, যম, সূর্য্যানচিংবা লাইরামনা চৎলি। শিংগাং ককল্লুরগা মপোৎ শেমতুনা খোজংনরগা ইন্দ্রনা মাং থাতুনা পরেং শানা লাক্লে থর চৎলগ মাংদা খুবী খুবী মরম্ম রাংবা বালখিল্লশিংনা নোং থিক্ল ২ চুবহৃদা পাঙ্গোং মনা অমমম মকোক্ত কুপলগা তপনা ২ চৎলি ১মাংদা বন খোংগুন অমা ঈশিং থম্মা তুংতুনা লৈব উরে? মাহু লাম্থোকপা ওমদহনা, য়ামনা য়ানা থম্মতুনা লেরে। মাহু উবদা ইন্দ্রনা নোক্লরে। ইন্দ্রনা নোক্লবা অতু উবদা য়াম্মা শাওরতুনা বালখিল্ল মুনিশিং লৈহৌরে। ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংসু চৎথরে বালখিল্লশিংনা ব্রাহ্মণবু উশিত্তবা ধর্ম্ম লৈতব পাপী! ইন্দ্র নঙ্গি নহুৎ শিন্নবা নংগুম্মা ইন্দ্র চামগী পাঙ্গল কল্লবা ইন্দ্র অমা শেমলগনি। অসী থম্মনো কামরূপীগী মতৌ ওইবা ইন্দ্র ৩মা পুথোকনবগী শঙ্কল্প তৌতুনা যজ্ঞ হৌখ্রে। পাও অসি ইন্দ্রনা তাববদা কিরক্লতুনা পিতা কাশ্যপকি মফমদা হায়জক্লরে। কশ্যপ ১নি যজ্ঞ স্থান তাননা চেল্লক্লতুনা, বালখিল্ল মুনিশিংগী মফমদা নোল্লুক্লা হায়জরকই। তাবিয়ু মহামুনিশিং ইন্দ্র ৩সিনা মতম কুইনা ব্রহ্মাগী সেবা তৌগতুনা ব্রহ্মানা লাইগী নিংথৌ ওইহনখ্রবনী। ব্রহ্মাগী য়াথংবু অরেম্বা তাকল্লত্রা। ইন্দ্র অমা শেমগৎনবগী যজ্ঞ তৌরিবা অসি তোকপীরো? ব্রহ্মাগী শৃষ্টী কাইহনবা ব্রাহ্মণগী ধর্ম্ম নত্তে। কাশ্যপকী য়া অসি তাবদা, মুনিশিংনা হায়রকই? য়াম্মা য়ানা তৌরক্লবা, যজ্ঞগী মহে অসী মাংবা তারে। কাশ্যপনা হায়রকই মুনিশিংগী যজ্ঞগী মহে অতুনা। মরোল অহসু ওম্বা উচেককী নিংথৌ ওইনা পোক্লসনু ঐগী ইচা ওইনা ফংজরগে। ঋশিশিংনা হায়রকই মাহুমক ওইরসনু হায়না বর পীরগা। যজ্ঞ লোইশিনখ্রে। ইন্দ্রবু কৌতুনা হায়রকহ করিত্তপ্রদসু ব্রাহ্মণবু নোক্লগনু, থওইদবা, অহঙ্কারসু, ত্তোক্লগনু। ব্রহ্মাণনা শাওথ্রবদী মী অতু লানকম লৈত্রবনী হৌজিক্ক পাঙ্গহৌরো অসুম্মা বোর পীরমলগা মুনিশিং হিমালয়দা চৎথরে। কাশ্যপ মুনিসু হল্লক্লুনা বিনতাদা হায়রকই নংনা ব্রত তৌজরকপগী ফোননা নঙ্গী গর্ভদা নচা খগেন্দ্র পোক্লগনি। অসি হায়তনা বোর শিন্নবিখ্রে। মতৌ অসুম্মা গরুর পোকখীবনি, হৌজিক্কি মথা লিজরগে মতম অতুদা খগপতি, লাইগী লৈপাক য়োরক্লে, মশক উবদা লাইয়াম পুরমক কিনৈ। লাংশিংনা খুংলাই থাজিননরকই শেল, শুল গুঠা, শক্তি, ভুষণ্ডি, তোমোর, পরিঘ, পরশু, চক্র, মুষল, মুদগর, নোংচুপবগুমনা। গরুরগী থক্তা হায়থরকই। লাইশিংগী ১তৌ উবদা গরুর থাক্লা ২ নোকলকই, অপংবা ইন্দ্রনচিংবা লাই নাংখায় ঐনা হাংকে হায়রবদী, মিংকুপ অমগী মনুংদা লোইনা হাংপা ওমগনী। নথোয়রু হাংলুবগী কপ করিসু কংলোহ, ঐগী হৈথৌ পাংথোক্লগা লোইরে অসি থন্দুনা? খুংলাই ময়ামসু মশানা কম্মরগা লাইশিং চেলহনখরগে নিংতুনা, উকুল মথায় থোমজিল্লগা লাইয়ামগা মমায়দা চাইশিল্লা উকুল চংতুনা লাইয়াম মমিং উনত্রে, খ্বাইদগী ইন্দ্রনা মমিং য়াম্বগী থয়া হেননা য়ারে। লাইগী নৈবাক উকুলনা পুষ্প মমলবদা ইন্দ্রনা মুংশিংপু হুমদোকংরে। অমুক কোইশিল্লুনা গরুরগী

থক্কা অয়াম্বা থুংলাই থাজিল্লকই। অদু উবদা শাওরদুনা, মচিন্না থুজিন্না মুশানা, খোংগারব হুরুৎপা ফুগাইবদা লাইয়াম থাংবা শুমজদুনা কাইদুনা চেন্নখরে। দেবতা গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, রক্ষ, কিন্নর, পুন্নমক জয় তৌরগা অমৃত লৈফমদা চংখ্রে। অমৃতগী মাইগৈ অকোইবদু প্রলয়গী মৈনা চাক্কনা লৈরিবা মৈরিদু ঈশিং মচিন্না উমদুনা লৌরুরগা। কামশিন্দুনা মুথংলি। সনাগী হকচাং ওন্দুনা মৈতাল অচাকপা মমুং অদু লানশীল্লি। মৈ লানশিনখরগা অথোবা চক্রনা লৈদুনা অকোইবা ঙাক্লগী? সিজিনা পিকসিন্দুনা চক্রগী শিক্তদা লানশিনখরে। অদুদগী অকিবা কংলবা লিন অনিনা অমুকস্থ ঙাকুলগী? লিন অদু জয় তৌরগা অমৃত পুদুনা অতিয়ারোমদ পাইখৎখরে। বিনতাগী মচা মতৌক চাওরবা গরুরনা অমৃত পুদুনা লাকপসী, শ্রীনরায়ণনা উরদুনা শংখ, চক্র গদা পদ্ম শারঙ্গ ধনু পাইদুনা গরুরগী মাংদা লেপ্লে। মপুমনাই ল্যাম্থংনবদা ওয়জ্রে। গরুরগী শক্তি উবদা শ্রীহরি পেল্লদুনা লান তোক্লসী নংনা পাম্বা বোর অমা নিয়ু হায়বীরক্লে। গরুরনা হায়খি প্রভু নহাক্না লৈবা মফমদগী হেন্না রাংবা মফমদা ঐহাক লৈজগে পীনবীয়ু। শ্রীনরায়ণনা হায়রকই নংনা পাম্বদু লৌজরো লেপ থুজবো হায়না বর পীখোকলে। নরায়ণগী বোর ফংলবদা গরুরনা হায়রকই ইবুঙো ননাহ ঐভোন্দস্থ বর অমত্তা নিবীয়ু শ্রীহরিনা হায়রকই হে খগেন্দ্র নং অসি ঐগী বাহন ওইবীয়ু ঐনা নথক্তা তো জগে। গরুরনা ওইগে হায়না বোর ওইনা কংখ্রে। অদুগী তুংদা পক্ষি অগুক হায়জরকই ইবুঙো নহাকী মথক অরাংবদা লৈজো হায়না বর পীখিবা য়াথং অদুদি কদাইদা লৈজো হায়রবগে। শ্রীহরিন হায় নংনা ঐগী ইথক রথকী ফিবান্দা তোংদুনা লৈয়ু অসি হায়নরগা শ্রীহরি বৈকুণ্ঠদা লেংখরে। গরুর অমৃত পুদুনা পাইখ'র। অমৃত পুখিবা উবদা ইন্দ্রনা গরুরগী থক্তা বজ্র লশিন্নক্লে। বজ্র উবদা মোমোন নোক্লুনা গরুরনা ইন্দ্র য়েংলগা হায়রকই হে ইন্দ্র নঙ্গী বজ্র অসী অরেববা মাংহল্লবদী নং য়ুম্না ইকাইরগনি। অমসুং মুনিগী শরুনা শান্নরবা লেন্না মাংহৈজবা থুংলাইনি ঐভোন্দাদি বজ্র চাম থাজিল্লকলবস্থ করিম্ভ তৌবা ঙমলোই। অমুম ওইনমক মুনিগী য়াথং ঙাকতুনা শাখা পর্ণ অমা পীরগে। অসি হায়দুনা শারক্তগী তুরিক অমা থুংলগা বজ্রগী ময়াদা লংশিনখরে। বজ্র অদু চাকথেক্লমলগা হজিনখরে? মাংহ উরদা ইন্দ্র হকথদুনা লোমুকপা য়াংবনা হাংজরকই। হে খগেন্দ্র নহাকী লক্ষচৎ অমসুং মগুণ উবদা ঐন্দ্র পেক্লে। নহাক্কা ঐহাক্কা মরূপ ওইরসি ঐনা হায়জবা অসি য়াবীয়ু। নহাককী মতৌক মগুণ অসি কমান্নস্থ হায়রা ঙমলোই। হে শাখা ঐনা নহোন্দা হংজগে। নহাকী তৌব ঙম্বা ময়াদা অসি কয়ামরুম কমবগে অমুক্কা খুদা ভাকপীয়ু। ইন্দ্রগী য়াহং অসি তাবগা শক্তি লৈরবা গরুরনা হায়রকই হে শাখা ঐগী ঙীগুণবু ঐনা শিংথাবা অসি ঐ ইকাইজে? অদুবু মরূপ ওইরবনিনা হায়জরগে। যজন কোটি য়াখি চাওবা পৃথি অসি, ইশা নামদা হাপলগা।

লাইরৈবাক অসিনা ইশা নামদা হাপলগা। চহীলিশিং অমা অতিয়াদা পায়রা লাইনা চেমগনা রাসি তাবদা ইন্দ্র অচুকপা ফঙডহনা অমুক হায়রকই, হে সাখা নহাক্কা লাইগী অমৃতবু পুরিবা অসী করীগিনে। গরুরন হাইরকই অমৃতসি লিন্দা পিবগা ঈমাগী মিনাঈ হন্দোক্কে ইন্দ্রনা হায়, হে পক্ষিরাজ মন্থুপুবা ফত্রবা লিন্দা অমৃত পিশিল্লববদী জগৎ অসি মাংলগগনী। লীনশিং অসি নহাককী য়েরুবনি ঐগীস্তু য়েরুবা ওইরে য়েরুবদা অমৃত পিশিনবদী মতীক চাদে। উপায় অমা য়েলগা ইমাগী 'মনাঈ হন্দোকসী লাইগী থরাই ওইরবা অমৃতবু নংনা চানবীহনা ঐঙোন্দা পীনবীয় হায়রকই। হে সাখা মহুদী য়ারবোই, ঐনা ইন্দ্রালগী মাংদা অমৃত পুবককনী হায়হনা রাশকথবে মরম অংনা রাশক কায়রবদী ঈমা মিনাই কোক্লোক অংবু হৌদ্দিক উপায় অমা হায়গে মায়া তৌহন উহন্দনা ঐগা লোয়মনা চংলসী। ঐনং অমৃত থমলগা ইমা মীনাই কোক্লগা খুদক অহুদা অমৃত অসি হুহনা পুথবো। অসি তাবদা ঐ পেল্লে অপাশ্বা লৈবগা ঐঙোনদা বর অমত্ত নিংঙ্যু। গরুরন হায়রকই ঐ করি বর নিগনি ঐনা চেমলোইদবা মবোল অহুমদা লৈতে। অংবু নহাককী য়াথং ঙাকতুনা বোর ওইনা নিংগে? লিন হায়বা জাংসে ঐগী চিঙ্খাক ওইজগে? ইন্দ্রনা ওইজরে হায়না বোর পিরে। বর ফংলবদা গরুর অদুক লাকতুনা ইন্দ্রনা মমিগা মশক লৈহুনা ইন্দ্ররক্লে লন্বী লাকপদা ইন্দ্রনা রারী শাবকই। হুবেল ঐনা অমৃত হুহনা পূবদা সাখা নংন, ঐবু থংনবা তৌরবোইদা? গরুর মোমোন নোকতুনা কিংগন্থ সখা হায়বকই অড় ফাপ্তবদা হন্দ্র কিনা ২ ইল্লি। অহুদগী নিমিষ তামগী মন্তুংদা নাগলোক যৌরক্লে। লিন ময়াম্গ কৌশিলগা হায়রকই য়েংলো অমৃত পূরকলে ইমা মীনাই হনদোকচবগে। কদ্রু অমস্তুং মচালিন ময়ামনা ঙসিমখৈ নমা নচা মীনায় কোকচবো হায়বকলে। গরুর লুংডাইবহুনা লিন ময়ামদা হায়বকই ঐ অমৃতসী কুশমথক্তা থমলগে, নখোয় শেংনা হরুজবগা লুংঙাইনা থকহৌবো অসী হায়হুনা অমৃত চকু অহু কুশ মথক্তা খিল্লমলগা চংখবে। কদ্রুনা ইমুদা মচাশিংনা শ্নান তৌরিডৈ তানলক্তা সোরাবেননা অমৃত হুরগা পুথরে। ফিংনা তৌবা থবকানিনা খিঙং নিকশোকতুনা কুশ মথকতা তাহোই। শ্নান লোয়রগা শেংনা লিন ময়াম লাক্লরে অমৃত লৈবমক্রে য়েংবদা ঈন্দ্রনা হুখিবা অহু থংলে কুশদা পকহৌরিবা অং লিন ময়াম চংহুনা মবৈনা লেকনথী। কুশ মনান য়াংখায়হুনা লিনগী মরৈ ২ থোকখী অমৃতনা শোকলম্বদগী কুশবু অশেংবা পোংশক ওঈহনখী। কর্ণ খৈবিকতা কুশ মনা য়াওদ্রণদি কর্ম্মহু মহৈ য়ানহন্দ্রে? গরুরগী পাঙ্গল লিনগী লাংভরুথীবা? অমৃত হুবা থুপ-থরবা কথামৃতবু পুকনিং শেংনা থরাই যাওনা শঙ্কম্ন তৌহুনা তাজরবদী। পুনসি, মিংচং, মরন মচা অপাশ্বহু লেপ্না কংই, শ্রীব্যাসকীয় থংনে সোয়হবা বেদ ব্যাসনী ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল

---

# অধ্যায়

## নাগরাজনা লাইনিংবা লিনশিংগী

### রায়ী মতাং ॥

পুরান তাবিবা শৌনকনচিংবা মুনি ময়ায়া সৌতিদা হায়রকই। হে—সৌতি পঞ্চবগী রারী তাবদা মুংঙাই, কদ্রুগী মচালিনলিশিং করম্না থবক তৌরকইবগে, মখিংনা কবি ২ কৌবগে হায়মু! সৌতিনা হায়রকই লিনশিংগী মমিং খবদং শিংথাজরক্কে। অহম্না শেষ, মথংনা বাশুকি, ঐরাবত, তক্ষক, কর্কট, পিঙ্গলাক্ষি, বামন, কালিয়, পূর্ণ, ধনঞ্জয়, পদ্মাক্ষ, অনিল, নীল, পনস, অজয়, অসিবন, খগচুড়, মার্জ্জক, উষক, স্বর্ণক, গোলক, রুদ্র, বিমন বিশুক, নহুষ, নির্দ্ধর, ধৃতরাষ্ট্র, অতিশ্রম, কলমাষা শাবল, অর্যক, উগ্রক, পিন্দারক, পিঙ্গল, বাহ্যকর্ণ, সম্বতক, শংখমুখ, কষ্মাগুক হায়রিবা অসিনচিংবা লিনশিং অসগী মমিং লোইনা থাঙ্গররোই? লুচিংবা খর হায়জরিবা অসিনী মথোয় অসি খুৎকল পাঙ্গল্লি জিবা হিংসা পাম্মী গকরগস্নু য়েংথিবৈ! শেষনা মনাওশিংগী লমচৎ ফত্তবা অসি উবদা মমাগী শাপক লৈবগা তিরনিংজনা তির্থ কয়ামরুম স্নান তৌরুরগা হিমালয়দা লৈদুনা অকনবা তপ তৌখরে। মাগী তপ উবদা ব্রহ্মানা পেল্লদুনা থুংঙবে শেষদা হায়রকই হে ফনি পতি নংনা পামবা বর নিঙ্গৌ ঐনা শোয়দনা পীগনি; শেষনা হায়জৈ ঐগী ইনাওশিংসি গরুরগা ইতংতরনা থংনৈ, লৌনম তৌদুনা জীবা হিংস কয়া তৌই লম হেল্লি হায়বা ইন্দ্রে পাপ কর্ম্ম কয়া লাংই। মরম অসিনা মথোয়গা তিরবা থাদে কহুবা লা ইনীংজবনি মথোয়গা অমুক হন্না তিন্নদনবা তপ তৌদুনা থরাই থাথরগে। ব্রহ্মানা হায়রকই রাকগন্ন শেষ নঙ্গি হুৎ শঙ্ক কোরুবা হায়গে, নঙ্গী নপাঙ্গলনা পৃথি পুদুনা লৈয়ু অসী হায়দুন। শেষপু পুররুগ গরুর গা মরুপ ওইহনখ্রে। লাইনিং কল্লবা শেষবু পুংশিবিদুনা, সৃষ্টি কর্ত্তা ব্রহ্মানা শেমবাবনী। মাতৃশাপকী অকিববু কোকপীদুনা লিনগী নিংথৌম্নু ওইহনখরে, শেষ নাগরাজবু নাগলক দেবলোকনা পুজা তৌনখরে মনাওশিং থাদোক্লমলগা! মতোমতা চংখিদুনা পৃথিবু মত্তাক লিশিংদা হাপ্তুনা পুখরে। শেষ ময়ামবনা চংখিবা উবদা বাশুকী য়াম্না রারকলে। মনাও ময়াখু কৌশিন্দুনা রাতানথ। ইনাওশা ইপাগী শাপ্তি প্রতিকার লৈ, ইমাগী শাপ্তী কোকপা রাই, ইমানা শাওদুনা চৈবা মতমদা পিতৃলক পুন্নমকনা শাক্তি ওইদুনা রাথরে। নখোই য়াকখোয় পুন্নমক মতম অমদা জন্মেজয়গী যজ্ঞদা লেপনা মাংলরনি। হৌজিক অসিগী প্রতিকার থন্নহৌসি অম্নুমনা বাশুকীনা হায়রকই॥ লিন্ ময়াম তিন্নদুনা থরবদা লিন অমনা হায়রকই ঐনা ব্রাহ্মণ শাদুনা চংলগা, জন্মেজয়গী যজ্ঞ অদু ভিক্ষা

তৌহুনা লোথোক্কে। লিন্ অমনা হায় ঐনা জন্মেজয়গী সভাদা মন্ত্রী ওইহুনা। লৈকগে যজ্ঞগী তানরকপদা ঐনা য়ৈথংহুনা তৌহল্লোই। লিন্ অমনা অমুক হায়রকই, যজ্ঞগী ঘী চেং থোইদিং শোয়না চাথোকসী, নত্রগা যজ্ঞ ক্ষমপদোরিবা ব্রাহ্মণশিং লোয়না চাথোকসী। লিন্ অমনা অমুক হায়রকই, ঐথোয় ময়াম চৎলগা যজ্ঞগী মাঙবত্তু কোয়শিল্লগা চংলকপা মীত্তু কাহুনা ২ চারবদি জন্মেজয়দা কিহুনা তোকচখরগনী। জ্ঞান লৈতবা মনাওশিংগী রা তাবদা বাসুকীনা হায়রকই ? ঈমাগী য়াথং লাইগী লোংদম সোইবা হৌনদবনি। পাণ্ডব বংশদা জন্মেজয় শোয়দনা পোক্লথীগনি মাগী যন্ত্রব কনানা য়েকনরুবা ঙমলোই। ইয়াংবা হায়গে ব্রহ্মানা তাকপীখিবা ধর্ম্ম অঙতনা ধর্ম্মনা পাঙ্গল ওইহুন জন্মেজয়গী যজ্ঞদগী হিংগনী, অদু নত্তব মরম উপায় অমগা হায়গে জটাচর্ব্ব বংশদা পোকপা জরৎকারু মুনিদ, ঐথোইগী ইচন জরৎকারী থাজরগ, জরৎকারীগী গর্ভদা মচা ১ পোক্লবদী, নাগকুল অসি মানা কল্লগনী হায়না ব্রহ্মানা তাকপীখি। মরম অসিনা ইচন রুপী অসি লুনা চান্না য়োকহুনা থমলগা জরৎকারু মুনিদা লুহোংলগা লিনগী শাগৈ অসী কনবা য়াগনী বাসুকীগী য়াথং অসী তাবদা, সাধু সাধু হায়না থাগৎনহুনা হরাওনা লাওনখরে। মতম খরগী মতুংদা সমত্র নৈবা হাত্তজা বাসুকীনা দড়ী ওইবদগী, লাইয়াম্না পেল্লহুনা ব্রহ্মাদা হায়জখা, বাসুকীনা মংগী শাপ্ন কিরিবা অসিদগী কোক্লবা থোজাল পীবিয়ু, ব্রহ্মানা হায়খী বাসুকী নংগী নচন সুপীহু জরৎকারুদা থাজো, মানা মচা অমা পোক্লগা মাহুনা লিনগী শাপৈব কল্লগনু, অসুম্না ব্রহ্মানা বোর পীখী বাসুকী মুংওাইজহুনা, মচনব লুনা য়োকহুনা থমলগা জরৎকারুদা থাজহুনা সেবা তৌবদা জরৎকারী মচা অমা পোক্লগা যজ্ঞদগী লিনগী শাপৈবু কনখিবনী। অসিগুমলবা মহাভারতকি র বী অসি অমৃতগা মান্নে মীওইবনা তাজবদা মুক্ত ওই হরিধাম ফাংই, শ্রীবাস দেংগী য়াথংনি॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥

---

# অধ্যায়

## পরিক্ষিত নিংথৌনা ব্রহ্ম শাপ

### কংবগী বারী মতাং

সৌতিনা হায়রৈ, তাবিয়ু মুনি সভা, মতৌ অসুম্না মতম কয়া হৌখরবা তুংদা, পাণ্ডব বংশদ পোকপা পরিক্ষতনা, হস্তিনাগী নিংথৌ ওইরে। পুনা চেনবা ধর্ম্মদা মাই ওনসিনবা মতাম্না ভূমিংকী

মতৌগুগা সত্য, দয়া, ক্ষমা, দানদা য়ামনা পামই। কৃপাচার্য্যদা তময়না ধর্ম্ম শাস্ত্র নিতি শাস্ত্র ধনু বিদ্যা মতিক চানা হৈ ? ক্ষেত্রি মচাগী ধর্ম মৃগয়ানু য়ান্না পাম্মী। নোংমা পরিক্ষিত নিংথৌ বন্দা মৃগয়া লাকপদা শজি অমা থেংনহনা তেন্না থারে, লাইগী নোংদমদগী শজিহ চেনখ্রে। পরিক্ষিংকী তেন্না থারবা জীবনা হিংকম লৈত্রবনী। অদুবু তেন্না পানথরবা শজিনা হিংদুনা চেনখিবা অদুদা মংঙাইতদুনা শজি খোংগুল লীদুনা তান্নরকই। শজী উথিত্রে শমিক মুনিগী আশ্রম য়ৌরক্লে মৌন ব্রত ধ্যান তৌদুনা লৈরিবা মুনিগী নাক্তা, চংঙকদুনা শজি চেনখিবা উহৌরা হংঈ। মুনিনা খুমখিদে বামনখিবদগী শাওনিংদুনা লিন অশিবা অমা লৈরমদুনা মুনিগী ওকশমদা য়েংশিল্-লমলগা কোম্মুং তুমথরে। মুনিগী মচানিপা শৃঙ্গি কৌব চহি ১৫গী বয়স অমা লৈ। মাসু মধ্যান সন্ধ্যাগী ব্রহ্ম গায়ত্রি জপ তৌরি। মতম অদুদা মমান্নবা কৃশ কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অমনা তমলুরে। পাওহ্ তাবদা মপা শমিকী নাক্তা চেনখরে ? মপাগী ওকশমদা লিন অশিবা য়েংলম্মীবহ উবদা শাওমনখিদুনা অকনবা শাপ চৈরক্লে। হায় হায় পাপী পরিক্ষিত নিংথৌ নহ ওসিদগী তরেৎনীগুবা নুমিত্তা তাক্ষক কৌবা লিন্না চিকদুনা লেপনা শিরো। মচানা পরিক্ষিততা শাপ চৈখিবা তাবদা ধ্যান তোকদুনা মচাদা হায়রক্লই ! হে ইবুঙো শৃঙ্গি পরিক্ষিত নিংথৌনা ঐবু ব্রাহ্মণনী হায়বা খংদদুনা য়া হংবা খুমদে হায়দুনা শাওবদগী তৌগনী। ধর্ম্ম লৈবা বৈষ্ণব নিংথৌনি, নিংথৌ অসি লৈত্রবদী ধর্ম্ম ঙাকপীনবা লৈতদুনা যাগ যজ্ঞ য়াররোই, কলিযুগনা মতম অসী থুদ্রম চনখ্রগনি। মাংলে হৌজিকমক শাপ হন্দোকউ শাপন্তক পীয়ু পীত্রাগী য়া তাবদা শৃঙ্গিনা হায়রকই। ইপা ইবুঙো ঐবু চহি তরেৎতা দীক্ষা পীবা নুমিংতগী ব্রহ্মগায়ত্রি জপ তৌজরকপনা সিদ্ধ ওইরবা নচানী। ঐনা চৈখিবা শাপ অরেম্বদা মাংহনবা য়াররোই। পরিক্ষিত লেপ্পা লিন্না চিকদুনা শিরগনি। মচাগী য়াসি তাবদা গৌরমুখ কৌবা শিশ্য অমা ; হস্তিনাদা পাওতাকপা থাখ্রে ॥ গৌরমুখ হস্তিনা কোম্মুং য়ৌরকদুনা পরিক্ষিত নিংথৌদা নোঙ্গা হায়জরকই। মহারাজ শজি তান্নরকপদা হংবা খুমদে হায়দুনা শামিক কৌবা মুনি গুরুদেবগী ওকশমদা লিন অশিবা অমা য়েংশিন্নখহ উবদা! গুরুগী মচা শৃঙ্গিনা ব্রাহ্মণ উশিত্তবা নিংথৌদি ওসিদগী তরেৎনী গুবা নুমিত্তা, তক্ষক কৌবা মহ কল্লবা লিন্না চিকদুনা শিমু হায়না গুরু খংহৌজিন্দৈদা শাপ তৌখ্রে। শাপু তাবদা গুরুনা শাপন্তক পিয়ু হায়বদা য়াখিত্রে। মরম অসিদগী গুরুনা মহারাজগী উপায় তৌহৌনবা হায়দুনা ঐবু তাকউ হায়বগীদমক থারকপনী। হৌজিক ঐ চচ্চবগে মহারাজগী উপায় য়েংবিহৌরো হায়রম্লগা। গৌর-মুখ গুরুগী আশ্রমদা হনখীদুনা গুরুগী মফমদা পরিক্ষিততা তাকলুরে হায়না তমথী। পরিক্ষিত শাপকী পাও তাবদা কোকথক্তা বজ্রতাবগা মানখরে মশাব মতোম নিন্দা তৌরকই। ঐদি ব্রাহ্মণনি হায়বা জ্ঞান তানা য়েংহৌদদুনা খংদবদগী ব্রাহ্মণদা দোষ লংশিন্নখিবা ঐগা মান্না তৌনবা অমা লৈত্রে। শাস্তি ব্রাহ্মণনা ঐবু ইত্তান খংহনবনী। ঐদী শিজখিশহ ইহাকথক্তগী

জগৎনা শাথি ওইহৌরসন্ত । ঐনা ব্রাহ্মন্দা অপরাধ লাংউবগী পাপ অদুবু ঐনা কিজে? হে মন্ত্রি সভা হৌজিক ঐনা করি উপায় তৌসিগে । মন্ত্রনা অমত্তা পীবিয়ু ॥ মন্ত্রীশিংনা হায়জৈ মহারাজ রাবিরুগনু লিনগী ঔষধি মন্ত্রথংবা বৈদ্যশিংবু রক্ষা তৌহনসী ! ব্রাহ্মণশিংনা লিননা চিকপা শুমদনবা রক্ষা মন্ত্রনা ডাকহনসি অদুগা খুংলাই পায়বা অকন অথৌবু, পনলোন তরেং কোইথুনা তক্ষক চংবা শুমদনবা ডাকহনগনি। অদুম তৌরবদা মহারাজ লেপ্পা মঙ্গল ওইগনী । অদুম্বা মন্ত্রীশিংনা হায়রকই । মহাত্মা পরিক্ষিত নিংথৌনা মন্ত্রীশিংগী রা অদু য়ানি·খিদে চহি তরেংতা ডাইরীবা মচা জন্মেজয়বু সিংহাসন্দা থাঙ্গৎখুন, রাজ অভিষেক তৌরে । ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রী প্রজাশিংবু বিদায় তৌরমলগা বৈরাগ্য ওইথুনা যমুনা খো·বান্দা যাত্রা তৌখ্রে । পরিক্ষিতকী প্রেমনা থাংবা শুমদথুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রি প্রজা লোইনা ইনরকতুনা যমুনাগী ঈরেন্দা ফোপ হাথুনা পাক্না শগাই শারগা মরাইদা লিক্লাই যুম্বী অমা যুংখৎতুনা মথক্তা নিংথৌগী ফমফম পাক্না শেম শাথুনা খনগৎলগা নিংথৌবু ফমথহনখ্রে । ঔষধি মন্ত্রগা লোইননা চিকিৎস অমত্তুং ব্রাহ্মণ খৈবিক্না কোইশিন্দুনা রক্ষা তৌখ্রে ? পম্বান্দা খুংলাই পাইবা লাম্মীশিংনা পলোন তরেং কোইথুনা ডাকখি। পরিক্ষিত যোগ আসন ফমলগা শ্রীকৃষ্ণ ধ্যান তৌথুনা লৈরে পরিক্ষিতনা বৈরাগ্য ওইখ্রবদা. সিদ্ধ ঋষি ময়াম মকম অদুদা থুংজরে ॥ ব্রহ্ম সভাবু নিংথৌনা খুরুমজৈ, ব্রহ্ম আসন কংলি ঋষিশিংনা পরিক্ষিতকী মভাদা ফমথুন.। মানা মান তৈবা বেদ শাস্ত্র আগম নিগম তন্ত্রনা চিংবগী মত ? যোগমার্গগী তত্ত্ব পুম্নমক লিরকই ।

পরিক্ষিত অদু মুনি ময়াম্না লিনিবা তওশি অসি তারগা, পুক্নিংদা পেনবা শুমখিদে ? মসিবু ব্রহ্মকুলক্তা লৈহনা শুকদেবনা উখি । বৈষ্ণব নিংথৌগী নিংবা পুক্নিংগী রাখল অদু উথুনা খুদক অদুদা শুক লাকতুনা শ্রীকৃষ্ণগী নামগুণ লিলা ওইবা । শ্রীমদ্ভাগবত বার স্কন্ধবু তারংনিদা লোইনবা লিথুনা তাহনখী ॥ শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তাহ শ্রবন তৌবদা পরিক্ষিত নিংথৌ খম্মোয়গী অপেনবা ওই ? অসীগুম্বা ? আদি পর্ব্ব মহাভারতকী রারীবু মাওইবনা তাজবদ পুন্যগী মশক্নী ॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

## অধ্যায়

# পরিক্ষিতকী মকমদা নাগরাজ তক্ষক লাকপগী

## বারী মতা ॥

সৌতিনা হায়রক্লে তাবিয় ব্রহ্ম সভা, পরিক্ষিতকী পাও অসি লোকতা মচিংশগী তাবদা বিষ্যবিদ্যা চংখোল্লা হৈববা কাশ্যপ কৌব ব্রাহ্মণ অমা। পরিক্ষিতপু লিন্দগী কনবদী ধর্ম্মসু লনসু মিংচৎসু ফংগনী খন্দুনা, খা ভারতগী হস্তিনাদা লাকই।। তাক্ষকসু পরিক্ষিতপু চিক্কে হায়দুনা মচা মনাই থরগা লোইদুনা মায়ানা ব্রাহ্মণ শাদুনা মচা মনাই থরনা থোগল্লগা লাকপদা। হস্তিনা য়োরকপগী লম্বী অমসু খোংনা বট অমগী মখোংদা, কশ্যপ ব্রাহ্মণগা থেংনরে। কশ্যপ ব্রাহ্মণগী মগুণ উবদা তক্ষকনা হংলকই ব্রাহ্মনবু কদাইদগী লাকপনো কদাইদা চংলিবনো * য়াম্না থুনা চংলিব কন্নিগীনো ॥ তক্ষকী ৱাহং অসী তাবদা কাশ্যপনা খুমলকই, পরিক্ষিত নিংথৌবু ভসী মহু কল্লবা তক্ষপনা চিকনা হায়বা তাবে? নিংথৌবু ঐগী মন্ত্রগী পাঙ্গল্না কল্লুগে হাইবগী ঐ থুনা চংলিবনী ॥ তক্ষক্লা হায়লকই ব্রাহ্মণদী য়াম্না পংলে, তাক্ষকনা চিক্রববু কনানগু কনবা ঙমলোই? অরেপ্পদা সভা ময়াইদা ইকাইবা নঙ্গনী নয়ুমদা হনহৌরো ॥ তক্ষকী ৱাহং অসী ব্রাহ্মণনা তাবদা নুভঙাইতে তক্ষকনি হায়বসু থংদে কাশ্যপনা হায়, গুরুগী কৃপা মন্ত্রগী পাঙ্গল্না তাক্ষক্লা চিকলবসু লেপ্পা কনগনী ॥ ৱা অসী তাবদা তক্ষক শাথনা হায় ঐ তাক্ষক্লি হৌজিক উ অসদা চিক্কে ঙমলবদী অদুক কলসু? ৱাসি হায়বগা তক্ষক মাগী মশক লেপখবে ॥ কাশ্যপ না হায় ফরে চিকউ ঐনা শোয়দন কনগনি, না ঐগী মন্ত্রগী গুণ য়েংকো। অসি তাবদা তক্ষক অশাওবগা লোয়নন বট পাম্বীদু চিক্কুনা হু কামশিল্লি হুগী মৈনা চাকথক্লনা খোংনাংদু উং ওইদুনা কিম্থদুনা তারে। কশ্যপনা উং অদু খুবাম অমা পাইরগা। মন্ত্র সোন্দুনা কাংখুল অদুদ লংশিনখী মিংকুপ অমগী মনুংদা ময়োল চোংখৎলকদুনা অসুম অসুম চাওখৎলকই হানগী মতৌগুম হৌখরে। কাশ্যপকী শক্তি অদু উবদা তক্ষক মমাই মকশিন্দুনা নোল্লুক্লা হায়জরকই? হে— ব্রাহ্মণ নহাকী নগুণ অসি অঙকপনি হুদগীদি কনবা ঙমগনী। পরিক্ষিতপুদি কনবা য়াররোই, পরিক্ষিততি ব্রহ্ম শাপনা শিগদৌরিবনী সভা ময়াইদা ঙমজ্রগা ইকাইবসু নঙনী ॥ অদুগা ব্রহ্মণগী বিরুদ্ধ ওইবা থবকপু ব্রাহ্মণ অমনা তৌবা। ব্রাহ্মন নখোয়গী ধর্ম্ম নত্তে ॥ লন পামনবসু ঐ লন পীগে হলহৌরো চংলুরবদি ব্রাহ্মণগী নগুণসু মাঙ্গনি। তক্ষকী ৱা তাবদা কাশ্যপনা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা, পরিক্ষীতকী পুনসি লোইরুর হায়বা খংলদুনা তক্ষকতা হায়রকই। ঐদি লাইরবা ব্রাহ্মণনি, লন খরদং পামদুনা মিংচৎসু তানগে লাকপনি, নহাক্লা লন খরদং পীরবদী

ঐ হনখ্রগে ।। ব্রাহ্মণগী ৱা তাবদা তক্ষকনা মত্তোকগী মনী লৌথোক্লগা মুংজ্রেং লৈচ্রেং থোৱজিল্লগা শোকপদা সনা ওলহন্দুনা সনা মপোৎ অমা পীরগা কাশ্যপপু হল হনখরে ।

তক্ষকমু মুডাইনা লাকপদা লম্বিদা প্রজা লকনা ডাংনরকই, পরিখিতকী ব্রহ্ম শাপ ভসি মুরে লিননা চিক্রখিগদ্রা ? চিক্লরোইদ্রা হায়রৈ ।। অমনা হায় নিংথৌগী চেকশিল্লৌবা উপায় অসিনা তক্ষকনা চংদুনা চিকপা ভমলরোই, মনাক্তা ঔষধি কোইসিল্লি । ব্রাহ্মণশি নমু মন্ত্রনা অতিয়াগী লমবী ডাক্লী । খুংলাই পাম্নবা অকন অথৌনমু পসোন তরেং কোইদুনা থমলা । কনাগী শক্তিনা চংবা ভমগদ্রদে । তক্ষকনা চিকপা ভমলরোই অঙ্গম্না লম্বীদা ডাংরকপসি তাবদা মনাইশিংবু ব্রাহ্মণ ওইহল্লে, নিংথৌবু অসির্ব্বাদ তৌনবগী মঙং মানবা মধুত্ত লৈ পত্র, কুশ পাইহল্লে । হৈনৌ অমুনব অমগী মনুংদা তিন মচাঅম ওইদুনা চংলে অদু পুত্থনা মনাই ময়াম ব্রাহ্মণশারিব শিং অদু, প রিক্ষিতকী সভাদা থু লরে । মীয়াম্বু আসিব্বাদ তৌবগা হাযরকই, এথোয় মহারজবু তাক্কা চিকপা ভমদনবা আসির্ব্বাদ তৌগে হায়দুন লাকচবনী । অমুক্তা চংজগে অসুম্না লাওরকই সভানা অংম থাজিনখ্রে, পরিক্ষিতকী মক্ত সভাদা য়ৌথিদুনা । হৈনৌ অদু কংলগা অশির্ব্বাদ তৌথি । মতম অদুদা পরিক্ষিৎ নিংথৌনা, হৈনৌ অমুনবা অদু পায়থংলগ য়েংই. তিনখুনমচা অমা লৈ মনুংদা মশানা ডাংবা মচিন্না মুবা তিন মচা অমা লৈবদু উই ? অদুবু য়েংলগা মীয়াম তানবা লাওনা হায়রকই । ব্রাহ্মণগী শাপ ভসি ভরে মুমিৎ তাগদবা মিকুপ অনিরোমদ ডাইরে মুমিৎ তাথ্রবদি ব্রাহ্মণগী শাপ মতম লোইরে ইহাক থক্তা ব্রাহ্মণগী বাকবু অবেমবদা মাংখিব পামদে । মরম অসিনা হৈনৌ মনুংদগী তীল অসিনা তক্ষককী মশক ওইবগা । এবু চিক্তুনা ব্রাহ্মণগী ৱাংবা প্রসিদ্ধ ওইহৌবসনু ? অসি হায়দুনা তিন্দূ লৌখোক্লগা কোকপক্তা হাপকংখ্রে নিংথৌবু শিহননিংদবনা মীয়ামদু, মদু ওইদসনু হায়না লাওনথী ? ডসাই মথৈ বৈষ্ণব নিংথৌগী গুণ, ব্রাহ্মণশিংগী তেঞ্জনা চোংশাকতুনা চিকপা ডম্লমদ্রবনা । তক্ষক বৈষ্ণবকী য়াগনা পাঙ্গল ওইদুন , লিন মাগী মশক ওইখিদুনা মমৈনা নিংথৌগী মশাবু য়েংশিল্লগা মচিন লিশিংনা হায়-গংলকতুনা । লরাই লেমফুদা ওংহুনা চিক্লগা হু কানশিনখ্রে । ব্রহ্ম সভা কিংনা চেনখরে । পরিক্ষিত নিংথৌ দেহেগা প্রাণগা থাইনংনা জিবা আত্মানা লাইগী মুক্তি কংদুনা লৈগী দোলাই তোংদুনা নোঙ্গাখরে । তক্ষকচিংবা লিনশিংদু অতিয়ারোমদা পাইদুনা চংগরে, নিংথৌগী দেহেবু পাত্র মন্ত্রী প্রজামীয়ামনা যজ্ঞ তৌথি ? বেদগী নিয়ম কাইদনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম কংথী । জন্মেজয়না নিংথৌ ওইদুনা, কাশী কন্যা বপুষ্টমাননা রানী ওইরগা, হস্তিনা লৈবাক ডাকতুনা পানখি । আদি পর্ব্ব মহাভারতকী ৱারী অসী, অমৃতগী ঈচেনগা মান্নবা । লিনশিংগী লমচং কাশ্যপকি মঙং জন্মেজয়না নিংথৌ ওইবা । পরম বৈষ্ণব পরিক্ষীতনা গোলোক ফংখীব , রহস্য ওইরবা ৱারীসিং পুক্রীং চংনা তাক্রবদ মীহু লন চাওখংলী অমা আরেক কোকই, কৃষ্ণ ভক্তী কণ্ঠ শীবগা হরীধ্বনি কাউই, যাসী দোইকত্রবা বেদ বাসগী ৱাথংনী । হরী হরী হরী ··

# অধ্যায়

## পরিক্ষিতকি মগুণ শুকদেব পোকপগী

### ব্যাসনা মচ কংবগী রারী মতাং

সৌনকম্নাচিংবা মুনি সভানা হংঙকই, উগ্রশ্রবা হে—সৌতি পরিক্ষিত নিংথৌনা, চহি কয়া রাজ্যভুক চারম্বগে, মানা পাল্লিহৈদা কয়ম্বা থবক তৌরম্বা। অমসুং পরিক্ষিতা ভাগবত লিরিবা শুকদেব পোকপগী রারী অমুক্তা লিথো ঐখোয়না তানিংই। সৌতিনা হায়ই তাবীয় মতীক-চাওরবা ব্রহ্ম সভা পুন্নমক। আভিমন্যুগী মচা পরিক্ষিত নিংথৌ অসি মিংচত্তা কার্টাবির্য্যার্জ্জুনগুম্বী তেজনা সূর্য্যাগুমই, প্রজা সাসন্দা আযোধ্যাগী রামচন্দ্রগী মতৌগুমই, ধর্ম্ম লৈবদা মবুধৌ যুধিষ্টীরগুমই প্রতাপ্তা প্রশুরামগুমমী। নোংমনা মৃগয়া লাকপদা, ধর্ম্ম কৌবা লাইবু কলি কৌবা লাইনা কাত্তন তমথিনা য় চৈক্ষনা লাক্লরম্মী। মাত্থু উবদা গুণ চেল্লবা নি থৌনা মশম পাইত্থুনা ফারগা থাং শত্তুনা শাওনা মত্তক কক্লগে হায়দুনা থাং হাইগৎলকই। কলিত্থু পরিক্ষিতকী মখুত্তগী নাম্থোকপ চমত্থুনা থরাইদদী কনবীয়ু মহারাজ ঐ রা থরদং হায়রখিগে? কলিগী হায়জবা রা অত্ত তাবদা থাংদি থাদে মশম পাইবদী থাদোক্ত্তনা ভংত্থুনা হায়রকই হে: বাধ নংনা দোষ লংজহৈদবা বগবু থাক্কে হায়বগী মতৌগুম তাড়ন মাড়ন তৌরম্মীবা করিগীনো হায়য়ু॥ কলিনা খুম্মকই মহারাজ ব্যাধগী মশক ওইবা ঐসে ঐগী যুগ ওইরে। পাপ কৌবা লাইনা মথোতমরি শুরে ধর্ম্ম কৌব লাইনঙ্গী মতম লোইরে চংলো হায়বা য়াদত্থুনা ঐনা মাথু লাক্লবনী। ঐগী তৌকম থোকপা ইথৌ পাংথোকনবা হোংনবনি? নিতী শাস্ত্র খংলবা নিংথৌনি বিচার তৌত্থুনা য়েংবিয়ু? ঐগী ইরাল লৈনোই। ঐবু থাদোকপীয়ু মহারাজ কলিগী রা তাবদা পরিক্ষিতনা হায়খী ধর্ম্মবু ঐনা থাককনী কলি নংনা জীববু খুংম চনবসু ওমলোহ, নঙ্গী পাপসু ছন্দোকপা য়ারোই॥ ঐনা পাল্লিবা মতম অসিদদী নং পৃথিদা লৈরগনু চংলো অসুম্বা হায়খি? পরিক্ষিতকী রাহায় অসী তাবদা কলিনা হায়খী ধর্ম্ম চেল্লবা হে নিংথৌ ঐগী পাপ্পা মথোং মরি শুরবনীনা পাপ শন্দোকনু হায়রবদী। লেংদনা লৈনবা থোংক্ষম মরিদং নেংক্ষম পীয়ু ঐ চংখরগে? ধর্ম্ম খংলবা নিংথৌন হায়খী সনানে, ওক্তবীয়ুপীনে, জুার শাননবনে, সুরাপানে, মক্ষম মরি অসিদা নেত্তুনা লৈরুরো। অশুম্বা পাপকী নেংক্ষম পীরগা কলিবু থাদোকখী। পাপনা মক্ষম মরি অসিদা নেংখী? কলিনা লাইরৈবাকতা চংখি। সৌতীনা হায়ৎকই ভক্তিবু তানগে হায়রবদী মক্ষম মরি অসিদা পুক্লিং চঙলীবা মথৈ, ধর্ম্ম অমসুং কৃষ্ণভক্তীবু কংবা ওমলোই। ধর্ম্মতনা ওইবা পরিক্ষীতনা, অশ্বমেধ: যজ্ঞ অহুমলক কংখা? কলীবু খুত্থম চন্দুনা চহী হুমফু ধর্ম্ম থাকনা। শাসন তৌরগা চাহি ৬১ দা

পরলোক ওইখিবনী শৌনক-চিংবা মুনি ময়ামনা হায়রকই। হে—সৌতি শুকদেবদী মী ১গী মকমদা, শঙ্গোম শুমবগী খোমজাং অমগী মতম ফাওবা অরেমবদা লেপ্তুনা নৈথাক্তে হায়না তাই। অচুম্বমবা শুকনা পরিক্ষিতকী সভাদা নুমিং তরেংনী নৈহনা করমনা শ্রীমদ্ভাগবদ লিখ্রিবনো, ঐখোইনা তাবদা চিংনৈ শুগায়না লিয়ু। সৌতিনা হায়রকই শুকদেবদী মায়াগুন পকে সর্ব্ব আত্মাগী মশক্সী পোকপদগী মায়া চংদে গর্ভদগী নির্ব্বান ওইনা লাকবনী; অবেমগা য়াদি ভাংদে মীনা ভাংলবস্থ তাদে মিকুপ অম ফাওবা অরেনবদা লেপ্তুনা নৈথাক্তে, শ্রীকৃষ্ণগী কথা ভাংনবা মকমদা নৈ। মরম অদুনা শুকদেব দী মীৎকুপ ১ লেপ্তে হায়নানী পরিক্ষিত নিংথৌদা মায়াথারবনী! শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিতা পাম্বা অসি উহনা শক্তি নৈবা শুকনা। ব্রহ্মলোকগী বৈকুণ্ঠকী নিংবা থুংহননদুনা। পরিক্ষিতকী সভাদা থুংলবনি। শুকনা হাবথা ৫ নিংথৌ ঋষি ময়াম্না বেদ শাস্ত্রগী মত কয়া পুথোকতুনা ভক্তি মার্গগী তত্ত কয়া লিখিরা অসিগী নিংবা থুংদবা অপামবা করি নৈবগে থুডোক্দা হায়মু ঐনা নংগোন্দা পীগনি। শুকদেবগী রাহয় অসি তাবদা পরিক্ষিতনা খুংলোমহুনা নোংলুকনা হায়রখা? গোলুক বৈকুণ্ঠ থাদোকতুনা পৃথিবিদ অবতার তৌবিদুনা নবলিনা শান্নবিরবা। য়েরুবা কৌরবকী লানফম সমুদ্রদগী, ইবুধৌ পাণ্ডব মথাবু হিরানবগী মশক ওইদুনা লাইনা লান্থোকতুনা কনবিখরবা। ঐনা ইমাগী গর্ভদা নৈরিঙেদা অশ্বথামাগী ব্রহ্মঅস্ত্রগা মৈনা চাকখেকতুনা শিরবদা গর্ভদা লেংশিনখীরকতুনা অমুক হিং হনবিরবা। ঐগী ই ঙো শ্রীকৃষ্ণগী নামগুম লিলা ওইবা! শ্রীমদ্ভাগবত পুরানবু লিবিয়ু অসি তাবদা শ্রীশুকদেবনা শ্রীমদভাগবত পুরান বার স্কন্ধবু নুমিং ৭নিদা লোয়নবা লিহুনা তাহনখী। ভাগবত তাজবগী ফলনা অন্তদা শ্রীকৃষ্ণগী চরনবু ফজখীবসী মৈপ্রবাস, বৈকণ্ঠ, নত্তে, গোলক, ধাম ফংখী। মতাংসিদা য়ারীতারিবা শৌনকনচিংবা মুনি ময়ামনা অমুক হংলকই? উগ্রশ্রবা হে সৌতি ব্যাসকী মচা শুকদেব অসি। সর্ব্বত্মনা হরিগী শক্তিনি গর্ভদগা নির্ব্বান ওইনা লাকই মায়াগুন চংদে হায়য়সি তাবদা অদ্ভুতগা মাপ্নথরে। শুকদেব পোকপগী য়ারী শুগায়না লিয়ু অমহুং মাগী জিবন চরিত্র ঐখোয়না তাজনিংই ভাগ্যবান ওইরবা সৌতি নঙনা চিংথদনা লিয়ু অসিগুমবা মহাভারতকী য়ারী অসি তাজবদা পুন্যগী মশকনী হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

## ব্যাসনা ব্রহ্মচারী ওইরম্বদগী গৃহা

### ধন্ম লৌখিবগী য়ারী মতাং

সৌতিনা হায়ব্জে তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা, শ্রীব্যাস দেবনা বেদবু শরুক মরিথোক্না খা দোক্লবদা ব্যাসমুনী রাখল তৌরকই বেদগী তাংপ্রজ অর্থবু খংদ্রবদী সংসারগী মায়াদগী লাপ্থোক্তুনা জিবনা ভগবানবু ফংবা ঙমলবোই, বেদগী তাংপ্রজ অর্থদি য়াম্না দুই। মী অমস্তুং লাইমক্না খংব য়ানা থোকই, মরম অসিদগী জগৎকী উপাই ওইনবা, বেদগী অর্থবু ব্যাখ্যা তৌথোক্লুনা লায়না খংনবা ইথোকপদা শ্লোক ৬০০০০০০ লক্ষ হুমফু থোই, চৌষষ্টি শাস্ত্রগা তুলদা থাক্নংতুনা উজ্জল য়েংবদা থেন্না লুম্না হাইহুনা মাগী মমিংবু মহাভারত হায়না পোনখী। মহাভারততী রাজনিতী অর্থনিতী ধর্ম্মনিতী ভক্তি মুক্তিগী ভণ্ডারনা? মঙাগুবা বেদগী মশক্নী। অদুগী তুংদা জিবনা প্রেমবু খাননবগীদমক, শ্রীমদ্ভাগবতপু লেংই, অদুদগী পুরান ১৮ তরানিপাল শুনা লেংখী নোংমদী বেদব্যাসনা বেথান আশ্রমদা নামশোন্দুনা লৈরিবে মতম অদুদা? নোংইন কৌবা উচেকনা মচা কোকতুনা লৈবদু, মচাপুংকক চাওরক্লুনা। উশাদা তোংলগা মচাবু মচিঙ্গাক ইরি, উচেক লাবা অমোমনা মচা অদুগা শুংশিনবা মতৌ অদু উবদগী ব্যাসনা মচা পাম্বগী রাখল অমা পোকলকতুনা পুকনিংদা অয়াবা ওংখী। মুনিনা য়াবহ শামুনা খশ্বৌ উরগা পাম্বদগী

---

* টিকা| ব্যাসনা মহাভারত শ্রীভাগবতনচিবা পুরাণশিংবু ইবা লোইরগা নোংমা হস্তিনাদা লাকতুনা সত্যবতী মমাবু খুদুমখী। মতম অদুদা সত্যবতী মমানা ব্যাসদা হায়খি ইবুঙো গৃহি ধর্ম্ম লৌরগা নচাপোকতুনা নমা নপাগী লমন শিংদোকউ। নমা নপাগী লমন তোন্দবনা মী-ওইবগী খথোইবা ধর্ম্মান। ধারা কন্যা ফংলগা পিতৃলক উধার তৌহুনা মীওইবা মপোকী মকৈ য়ানহন্নু অসুম্না সত্যবতী মমানা হায়ববদা ব্যাস মমা খুদুমহুনা ইমাগী য়াং ঙাকচগনী গাংরম্নগ আশ্রমদা চনখী, অদুদগী মচা ফংনবা লাইনিংগে হায়না আশ্রমদগী অয়াং পানা লাকপদা নারদনা কৈলাশ য়োরো শিব নিংঙু তাকতুনা শিব নিংবসী চহি ১০০ চামনি হায়না দেবী ভাগবতনা হায়রী। ব্যাসগী তোপ্তা পেল্লহনা শম্ভুনা সুকিনী কৌবী ছবরী নিঙোল ত্রেতাদা রামদা হৈ কংলগা মৈমুংদা শিখিবী ছবরীনা পোকলবী কৈন্যা অসী পীহনা ব্যাসকী লোয়নবী ওইখী। (তথাহি) মাতৃবাক্যং শ্রেষ্ঠ ধর্ম্মং ত্রিলোকং ষ্টাপনেস্থচঃ। ব্রহ্মচার্য্য পরিত্যক্তা ব্যাস গৃহস্থং গৃহাশ্রম ॥ ইতি শিবসংহিতা ॥

য়াম্না রাবা অংগী মতৌগুম্মী। *ব্যাস ব্রহ্মচারী থাদোকত্তুনা জাবালি ব্রাহ্মণগী মচানুপী বীটিকা কন্যা লুহোংহুনা গৃহি ধর্ম্মদা লৈখি।

অমুক মচা গুণ লৈবা অমত্তং ফংনিংবদগী, গৃহিনী লোইননা লাক্কুনা, কৈলাশগী রামাদা শিব ভগবানবু নিংই। অনিগী অকনবা তপ অহু উবদা মহাদেব লেংডক্লে। শিবনা হায় হে-ব্যাস, করি পাম্বদগী অদুক কন্না তপ তৌরিবনো? নংনা পাম্বহুনিয়ু ঐনা পীগনি। শিবগী থৌজ্জান নংজবদা ব্যাসনা খুকমহুনা হায়রে, পরমাত্মাগী মশক ওইবা জিব খুদিংবু য়োকপীরিবা, সর্ব্বত্মা হরিবু ইচা ওইনা ফংভগে, ভগবান নংনা পীনবিয়ু। ব্যাসগী ভক্তিদা পেল্লহুনা সদাশিবনা হায়; হে! ব্যাস নংনা নিংবহু লেপ্পা থুংজরো, তপ তৌক্লো গৃহিগী ভোগ লৌরুরো। সোইদনা নচা ফংজরগনী অস্মুম্না কৃপা পিরম্লগা শিব লেংখরে। * ব্যাস পূন্না পূহুনা আশ্রমদা হল্লক্লগা, গৃহিগী বিষয়দা পুক্নিং হাপখরে, মতম খর লৈরগা ব্রহ্মণী ঋতু মতম ওইখী। ঋতু পালনগী মতমদা শ্রীবিষ্ণুগা শক্তি লেংশিন্দুনা, ব্রহ্মণীগী গর্ভদা লৈবিখরে। মতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী লিলা খংবা নারদ ঋষি কৈলাশদা থুংডরে। শিবগী সভাদা চংওকহুনা মবুংঙোবু চরণ শোক্লা দণ্ডবত কংলী। মতমদু দেবী অভ্যন্তরদা লৈ, নারদা চংজখিহুনা দুর্গাগী চরন্দা খুকমখী। দেবীনা মচা নারদবু উবদা, খুংশিবিহুনা লানবিরগা আসন তম্নীখী। নারদ মুডাইনা ফমজরে. গৌরিনা হায়রকই ইমাগী নাক্তা চংলকপদী; করিগী হায়জনিংবা লৈবগে হায়বু; অম্মুম্না তাকপী। নারদনা হায়রে ঐবু প্রভু তাহন্দনা রারম অমত্তা হঙ্গংচনিঙ্কী, অদুবু ঐনা লাকচবা খুদিংদা প্রভুগা ইমাগা মিকুপ অমা ফাওবা থাদোক্লদে। ডসিদা প্রভুগা ইমাগা তোপান ২ লৈবিরমলে! ঐনা হংজনিংবা রাকম অহুবুইমাদা হঙ্গচহৌরগে। নারদগী রা তাবদা দেবা মামোন তৌহনা হায়রকই; ঋষি নবুঙোসে ইমানা ঙাইহাক্কং চংখোকপদা থংনবা হেক্তা পৌরকই। তোইমা থংনবা অসী ইমা হকাই জরহুনা, নবুঙোগী নাক্তা ঙাইহাক্তা চংখাকচদ্রনী! হচানা হান্নিবা রাকম অহু ইমাদা খুনা হায়হৌরে; নবুঙো সে ইমাবু অংক তিরক্লগনী নারদনা হাইডরকই ইমা প্রভুগী কণ্ঠদা গুগ্রেক পংং খোল্লি,, অদুগা মীমকোক অকংবা পরেংনা, থমোই চপচানা তাহন্দুনা শিরী মসিনা কারিগানো। হাড় মালাগা শিজিত্রে, গঙ্গাগা থক্কে,, ভিইউংক তশিল্লে, জটাগা পুবে, শঙ্খাইহিদাক মপানগা চিল্লে, শঙ্খোইংহিদাক অমুবা মহৈগ চাবে,, তনবুন নাপুন্না পজি ওইরে, লিম্না খাওম্মবে, কৈমউনগা ফেংলে, দিগম্বরয়ু ওইরে, এগনা অচাওবা মহাদেবনি হায়নরে। মহাদেবদা খল্লিবা নারদন্থ ডাকরে হায়না! লাইনা মীনা লংনবে, ভৈরবীনা হঙ্গা থকচিল্লে, কালীনা বলিদান লৌরে, ইমুং মঙ্গংগা

---

* মুলদ' তথাহি। শিবস্য বচনাং হৃত্বা সতাবতী পুত্রমুত্তদা ছববা কন্যা পানা গ্রহম্। গৃহি ধর্ম্মং যদা কৃত্বা শুকদেব পুত্রম প্রাপ্তিঃ ব্যাসঃ তপকৃত্তু পুনাং॥ ইতি॥ সিবশংহিতা।

প্রভুনা মোংফমদা পোথাকম ওইরে, লাই য়াম্না উসবতা যজ্ঞদা বারতন তৌরুদ্, ভিন্নবা হন্নোই তোপনা লৈসমু হায়নরে, মমাংঙৈগী ইমান সতী ওইরিবৈ, পিতা প্রজাপতি দক্ষগী যজ্ঞ নিংশিং-বিয়ু। জগত কনাসু নিংনররোই, ঐদবু চরন্দা খল্লুরবনিনা থাদোকপা ওমজরবনী? ঐনা লাকচ-রিবসী লাইনা মীনা উখিনী হায়দুনা; লোন্না ২ লাকতুনা থুরুমজরবনী। ইমা মুন্না রাখল তৌবীয়ু প্রভুদা অমুক্তগা হন্নংপীয়; ননাইসু চচ্চরগে বা অসি হায়রগা, দুর্গাগী চরনবু খুরুম্নগা দেব ঋষি হনখ্রে। দেবী পুক্নিং মুংনাংবগা লোইননা রাখপতৌদুনা লৈখী: মহা ভারত আদিগী অসি অমৃতগী ইচেন্নী ইতি।

হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

## হর গৌরী তত্ব সম্বদ কৌবা মতাং

তেনরা মকমদগী জাবা ওনখিবা রারী ॥

সৌতিনা হায়জৈ তাবিয়ু মুনি সভা, দুর্গানা চিন্তা তৌরিঙৈ মতমদা, ত্রিপুরারি অভ্যন্তরদা লেংশিল্লকই। ভাগবতীনা মাইথোং লাংশিল্লিবদু উবদা, ভুতনাথনা হংই হে পার্ব্বতী, নারদনা করি হায়জিন্দুনা নংনা চিন্তা তৌরিবনো। ঐসু মথক্তি নারদনা য়ুম চংলমলবদা হুমগাইরা থাজিল্লমলনী? করি ওইগদবা খনবদা নিংবগা তৌরম্বগা মান্নরে। হে গৌরী নারদগী মরা অসি অহাক্সু লৌরুম্ব মী খৎনহল্লগা হরাওজবা অদুগুম্বদা শিনবনা কথো ওইদুনা লৈরবা মাবা শিনখ্রবা থবক্তা সোইবা লৈত্রে হায়দুনা মমিং ফাওবা তুন্দপুয়ঋষি, অমগুং চেকিতান হায়নসু কৌনরবনী। দুর্গা নংনা করি হায়নিংবা লৈবগে হায়য়ু নংনা অপাম্বদু ঐনা সোয়দনা লাংবিগনী মবুঙোগী রাহায় অসি তাবদা দেবীনা হায়জরকই, হে প্রভু কণ্ঠদা হাড়মালা থোঙ্বা ফিজেৎকা রায়েং চান্দ্রে ভুত প্রেতকা লোইনরে, ভাংসু থকচিন্লে মোংফমদা পোথাফমগা ওইরে লাইনা মীন হন্নোইনরে। প্রভুনা মী মকোক অকংবা শিরিবা অসিবু করি কান্নবগে। হুন্দোকপীখ্রো, মনী মুক্তাগী পরেং থোনবীয়ু, ইম ন্নবী দেবীশিংনা দুর্গাসী মাদনা ফজনা লৈতেংই। মবুংঙোদী করি মতা থোন্দে হায়নো নোরুবসী ঐ লৈজবা ওমজ্রে। দেবীগী রা তাবদা নিলকণ্ঠনা হায়রকই, হে দুর্গা ঐনা হাড়মালা শিববু নংনা চিংদুনা হংই। কাননা মরম লৈদুনা শিবনী ঐনা নজোম্ব তাক্কে মুন্না তাও জগৎকী জিবনা মপোক অসি নিংই। অদুবু জীব থুদিংনা শিরোইদংজা

থল্লি। মতম থরগী মায়াগী ইপাক্তা তাওরী, মশানা মাংনবা তাঙ্গরবা জিব ওাকনী মাহুৎ থংনব নডোন্দা তাকে। নডক্তা মনা রুপা মনী মুক্তাগী পরেং শি'র মাহু দেহেগী লৈতেনী জিবআত্ম গী কান্নবা নত্তে মৈনে ঈশিংনে, নুংশিৎনে, লৈবাকনে অতিয়ানে মালিবু পঞ্চ ভুত কৌই। মশা অসিগী শরুক্তা তিনশিন্দুনা শাবা দেহেনী, শিরগা মাগী মাগী মফমদা তিনশিনখিনী. জীবআত্মাদি শিবা মাংবা লৈতে। জীব তত্ত, ঈশ্বর তত্ত, থংগদবনি, হিংলিডৈদা অফবা লমবী থিহৌগদবনী। দেহে পান্দুনা লৈরীডৈদা তানখিবা অফ ফত্ত মহৈদে। দেহে থাদোক্লমলগা জীবনা চারুগদবনী ফত্তবা তাল্লে মান্না, অফবা তাল্লে মানা. মানা শোয়দনা ফংগনী। জীবনা ঐগীনি ঐগীনি হাৎরিবা অসী মাগী করিসু য়াওদে। শিরগা লোইনদুনা পুবা য়ারোই. লোইনথিগদবদা মানা তৌংবা অফ ফত্তগী ফোল অহুতনী। হে দেবী জগংকা নিংবা থৈবিক থুংহনবা ওমবা চিন্তামনী কৌবা য়াইগুমবা লন্দী শ্রীকৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্রদনী। জীবনা মায়া স বন্ধতবু নুংশিরিডৈদা। মতম হৌখি। ঈশ্বরবু নিংহৌদতুনা মপুন্সি অরেমবদা মাংহল্লী। শিরগা যমগী যাতনা ফংই অমসুং পাপকী মপোক শা উচেক তিন কাংগী ফংত্রবা মপোক্তা হল্লিন হল্লিন পোক্তুনা জিবনা অরাবা মায়াগী সমদ্রদা লুপতুনা লৈরী। হে দুর্গা নংনা ফজনবা হকচাঙ্গী লৈতেংদী হোংনরা? অপোক অশি লাম্নোকনবদী হোৎনদে হৌজিক নডোন্দা তাক্লগে। ঐনা মস্তি উৎ তৈরিব অসিনা দেহেসে শিবগা উত্তোনা তুমখিনী হায়বা থংনবা জগত্তা ঐনা থুদম ওইনা তাকপনী। লিন খাওন্নরাবা অসিনা হু পুবা লিনথমলবা ময় রিপুনা কোইশিনখ্রে? চৎফম লমবী থাডরোই তাকপগী থুদমনী তিনবুন নাপু- থুডি শিবিবা অসিনা, মাগাগী য়োংহল্লনা দুমবদগী নাম্নোকপা মাররোয় হায়বগী থুদমনী। গঙ্গা থকলিবা অসিনা জগৎ অদি তামসিকী চিঞ্জাক্লা ওাওহল্লে হায়ব জগৎনা থংসন্নু হায়দুনা তাকপনি। শঙ্গোই হিদাক অমুবা মহৈ চারিবনা, চিঞ্জাক ফত্তবা চাবদগী সত্ত জ্ঞান মাংহন্দুনা অজ্ঞান ওইবা পাপকী রাখন্দা তাওখ্রে থংহনবনি। কোক্তা জটা পুবনা, মীওইবগী অমোংপা থম্মোয়গী রাখলা পোংলুম ওইদুনা পুনসগী মকোক্তা নন্দুনা লৈরে তাকপনি। শঙ্গোইহিদাক মপান চিনবনা, দেহেগা লৈতেংশিং অসে শঙ্গোই হিদাক মপানগী মনম য়াওদবগুম আত্মাগী কান্নবা য়াওদ্রে তাকপনী। হৈগী মউন শেৎপনা কৈগুমবা জিবগী অকিবগী মশক ওইরবা। কালমৃতু লোয়নদুনা লৈরে তাকপনি। ডিগমবর ওইবনা মিৎয়েংগী ফজনবদা হোৎনরিবা লৈতেং অদা জীবআত্মাগী শরুক য়াওদ্রে তাকপনী। ঐনা মোংকমদা পোথাকম ওইবনা সংসারগী হুডাইরিবা য়ুম্ফমশে, শ্মাষানগুমবনী অমুক্তী শোয়দনা শ্মশানা য়োরগনী জগৎনা থংসনু তাকপনী। ভুতপ্রেত লোয়নরিবনা ঐগী২ হায়বা সমদ্ধি মায়া ময়াম অসী? জীবনা ভুত প্রেত্ত লোয়নবগুমবনী। হাড়মালা শিরিবা অসিনা বৈষ্ণবকী মংতাকনী। অসিনা ঐগী বৈষ্ণব সঙ্গনা সঙ্গদী অথোয়বদী বৈষ্ণব সঙ্গনী নিংজবগী অথোইবদী শ্রীহরিগী থোং থমবাদনী শোগ্লবগী অথোইবদী

অথোইবদী শ্রীকৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্রনী। ঐনা ইচিন অমত্তনা পেন্দতুনা ইচিন মচা পান্দুনা তত্তমা নাম মহামন্ত্রবু শোওরী। দুর্গাগী মফমদা রাহায় অসী হায়রকবগা, সদাশিবদো কৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্রবু শোল্লগা কপত্রে। মহাদেবগী পাওতাক অসী তাবদা দুর্গা থুংতরা লোনচনা মবুথোব দা হায়জরকই। হে প্রভু মনাই তোঙ্খীনি থনবীতুনা! অপোক অশি মংলিব অসি লাপ্তোকপা ওন্নবা থৌজানবীতুনা মহামন্ত্রগী তত্তবু তাকপীয়ু।

দেবীগী ভক্তি অসি উবদা শদাশিবনা হায়রকই পৃয়ে নাম মহামন্ত্রগী তত্ত্বু কোংনা তাকপা য়াদে। নাম মহামন্ত্র কললবা জীবদী কনানা চংবা ওমলোই, অক্ষর অমর ওইনী, শা, উচেক, তিন কাও ক কচেং থোয়া জিব অমত্তা তাহনকদে য়াম্না থুপ্না তাক্কদবনী। শিবগী কৃপা তৌবারকপা রাহায় অসি তাবদা কৈলাশকা চিক্লবা উমং অমা য়েংতনা, শা, উচেক, তিনকাং, জিব লোইনা তান্থে ক-থবে। অচিকপা মফম অতুদা শমভূ লেংশিনখিতুনা আসন কমলগা। দুর্গাগী মফমদা কথখ্রবা কপচ নাম মহামন্ত্রবু তাকপা হৌথবে। মফম অতুদা উথুও অহোবা অমদা, তেনরা মরুম ২ কোকতুনা লৈরম্মী। দুর্গানা তানথোকপদা কিতুনা, বরুম অমা চিকতুনা পাইখ্রগা। এরুম অমদী ঙকোন্দা লৈহৌবে। শঙ্করনা কপচ্চ নাম মন্ত্র লিবা হৌরকপদা; নাম মন্ত্রগী গুন্না একছুম্ন পোথাইরগা! জিব ওল্লক্তুনা য়াম্না থুপনা, নামগুণ তত্ত্ব তাতনা লৈরে। নিত্তিগী মতম নাইনা লেশিন্দুনা মফম অহুদা লী. দুর্গানা মরক মরক্তা অং ২ হায়না থুমছুমা তাঙ্গে। থেংলকপা নোংতানলমদাংঙ মতমদা কেক ২ উইরকতুনা, থুম্বা লেম্মী থুম্বা লেম্মা মতমদা, তেনরা মচানা লিবা লেপখ্রনী হায়রুনা! ওঁকার শব্দ ঔঁ ঔঁ হায়না থুম্মী। সদাশিবনা নাম মহামন্ত্র গুণ তত্ত লিবা লোইরবদা হাইবকই; ঐনা লিখ্রিবা তত্ত অসী লোইনা ফাওবরা দেবী। উমানা হায়রি থেংলক্লবা মতমদা উইরুবা য়াওখিতুনা! মরক মরকতা ফাদবা য়াওরে, শিবনা হায় ইত্তক্তুনা থুম্মী ওঁ ঔঁ হায়না, থুমলিবা নংনা কমদোনা ফাওৌত্রিবনো। দুর্গানা হায়ই প্রভু ঐদী থুমখিত্রে অত্তোপপা অমনা থুমখিবা ওইরমগনী। রাহু তাবদা নিলকন্থনা ধ্যান তৌতুনা য়েংই, মকোন্দা লৈরগা তেনরামচানা তাতুনা লৈরম্ব উবদা থল্লী। উচেক অসিনা থুপলবা নাম মহা মন্ত্রবু ফোংনা পংহায় হায়দোকখিতুনা! নামগী গুণ মাংলরনী থনবদগী শাও-রকতুনা; ত্রিপুরারি ত্রিশুল পাইতুনা শুক হাংকে চেনশিল্লক্লে। শুক, কিতুনা মকোন্দগী পাই-থোকখিনা য়ানা পাইত্তনা চেল্লে; তত্মনাথনা তাল্লি শুক লাইরৈপাকক লাই খুদিংদা কনবিয়ু হায়জরকই? মাহদেববু কিতুনা কনবিরকত্রে। মরোম অতুম থুংনা চেল্লে কনবিনবা লৈত্রে, অমুক পাইরকপনা ব্যাসমুনিগী বৈথান আশ্রম য়োরক্লে। মতম অতুদা ব্যাসগী ঠাকুরানী, অমুক য়াঙৌ-রকপগী মুমিংপু থুরুম্মী, হৌগংলকপদা হাকাম চল্লী যোগ শক্তি লৈরবা তেনরানা পাইশিনখিতুনা পর্ভদা তিনশিনথরে। তাররকইবা মহাদেবনা ত্রাক্ষনী য়েংতুনা হায়, ঐনা হাংকে তাররকইবা

হয়ানবা অত্থু, নঙ্গি গর্ভদা চংথরে হৌজিকময়ক পুথোকউ ? পুথোকত্রবদি নং ঐগুলনা থিম্নুনা নংগু শিজ্রগনী। অসি তাবদা ব্রাহ্মণীনা খুকমজংনা হায়জৈ, প্রভু ঐদী খংজহৌত্রে ! তোঙ্গবী মুপীনী খনবীত্তন' গরাইদদী কনবীয়ু। থুথক্তা মুণি চেনশিল্লকতুনা, স্তুতি কয়া পাঠ তৌজহনা খুরুমলগা হায়জে। হে দেব দেব: নহাক্কি খোরদগী ননাই গর্ভগী লক্ষন ওইবসী, চহি ১২ গুয়ে পোকত্রগুনা য়াম্না য়ানা লৈ, ননাইগী গর্ভদ লৈরিব অসী মাংহনবিগন্নু। ব্যাসদেবনা শিবগী স্তুতি পাঠ তৌরমবদগী ওনথোইনা কপতুনা হায়জে প্রভুনা থোজ্ঞানবিহুনা য়ারব ননাই মুপাগী থরাইবু কনথিয়ু, ব্যাসগী ভক্তিদা পেল্লহুনা গৌরী নাথনা হায়বকই। হে ব্যাস নংগী ভক্তিদা ঐ পেল্লে ঐনা তাথরকপা শুকসে নঙ্গি মচা ওইনা ফংজহৌরো? মচা অসি য়াম্না গুণ চেনবা ওইরগনী। গর্ভ অসি সোইদনা পোকতুনা, সতী ওইরবী নংগী মুপী অ'সগী অরাবস্থু কোক্লসগ্ন, হৌজিকতি ঐন্দু হল্লগে অমুম্না খোর পিরমলগা মহাদেব অন্তর্ধান ওইখরে হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

## ব্যাসকী মচা শুকদেব পোকপগী

য়ারা মতাং

য়াবী তাশিবা শৌনকচিংবা মুণি মরাম্না হংজকই, হে-শান্দ্রগা ওইরবা সৌতি নংগী নপান্দগী য়ারী তাজবা যবা অসী; ঐখোইগী শাংবক থব ওইবে তাবদা অমৃতগা মানরবা কথানী; * শুকদেব পোকপগী য়ারা অমুক শিবো, সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু মুনি মথাগী তাবা অমুক লিজ-রক্লপে। নোংমদা শ্রীদ্বৈপায়না গর্ভদা লৈরিবা মচাগী মফমদা হায়রকই : হে: গর্ভগী অডাং নমাগী গর্ভদা লৈবা কুইমল্লে, চহি ১২ তরানিথোই শুনবা কাপ্পবা নংনা অত্থম লৈরিব করিগীনে।। নমা

---

* টিক।মহাদেবনা কৈলাশগী অতিকপা শিখরদা কপচ নাম মহামন্ত্রগী তত্ত্ব লিব'ন চহী ১২ নী হায়না গনেশ পুরাননা হায়রি। (তথাহি কৈলাশ শিখরেঃ গুহ্যং গৌরি পৃসতি শঙ্করম। দ্বাদশ বর্ষানি রহ: তত্র উক্তবান শঙ্করম ইতি)। ব্যাসগী ঠাকুরানীগী গর্ভদা সর্বতম্রা হরি লেংশিনখিহুনা গর্ভগী লক্ষণ ওইখিবনী চহি ১২ চুপ্পা কৈলাশদগী মনাই তেনব্রা খাসবু তাহথিবনী অদুনা ব্যাসকী ঠাকুরানী চহি ১২ গর্ভ পুহনা লৈ, অমুম্না শিব শংহিতানা হায়রি (তথাহি)ব্যাসস্য গৃহিনী স্তদা দ্বাদশ বর্ষানি গর্ভং।শুকস্যঃ কারনং দৃষ্ট্বাং সর্ব্বাত্ম হরি স্থিতবান্।।ইতি ।।

য়াম্না য়ারে তাইবংপান্দা থোক্লকও; পিতা ব্যাসগী য়াহান্না অসি তাবদা গর্ভদগী মচানা খুম্মকই, হে: পিতাজী ঐদী গর্ভদগী থোক্লকপা ঙমলোয়। তাইবংপান অসি বিষ্ণুগী মায়ানা শিনথুংনা লৈবা উই; তাইবংপাল থোকলুরবদী মায়ানা ঐবু মাইথিবা পীখিদুনা! জগৎকি মপু হরিবু ঐনা ফংবা ঙমলরোই। ঐবু মায়ানা পুনশরবদী, সোইদনা যমগী য়াতনা ফংগনী। যমগী জাতনা ফংগদবগী শরুকপূদী; গর্ভগী যাতনা খাংগুনা ধ্যান তৌদবনা হরিমাবু ফংজগে॥ পিতা ব্যাসনা হায়রকই। ঐগী য়াহৈসী তারো, অদোং নং গর্ভদা লৈদুনা হরিবু ধ্যান তৌবনদী; নমা য়াহনবগী দোষনা হরিবু ফাবা য়ারোই। থোক্লকও নত্তোন্দদী মাংনিন্থ মাইথিবা পীবা ঙমলোই? ব্যাসগী য়া তাবদা গর্ভদগী অমুক খুমলকই। ইপানা হায়বা অহু ঐনা থাজবা ঙমদে, ঐনা মায়াবু উই ঐবু থোলকউ হায়রবদী, জগৎতা লৈরিবা মায়া অসা। লৌথোকখরবা ভগবান মাবু ইমাংদা উবা ফংলবা! অহু ওইখ্রবদী তাইবংপান্দা থোক্লকপা ঙমগনা। গর্ভদ লৈরিব অঙাং মচাগী য়া অসী তারবদা, য়াররোই হায়বা খংলহুনা শ্রীব্যাসদেবনা, যোগ তৌজরকই। জগৎকি মপু শ্রীনরায়ন মনাইগী ভক্তিগী মথ পোনবিহুনা! ব্যাসগী অরাবা কোকপীরগে হায়বগীদমক? খুদক অহুমক্তদা অবির্ভূত ওইনা লেংবিরক্লে। শ্রীহরিনা হায়বিরকই, হে মুনি ঐ শাকলে নং করি পাখগে হায়রো॥ নংগী অপাম্বহু ঐনা সোইদনা থুংহনগনা। শ্রীহরিগী কৃপাবানি তাজবদগী? ব্যাস মিৎ পাংথোক্লকপদা, শংখ চক্র গদা পদ্ম পাই সনা ফিগে থোনবা কৌস্তুভ মনিনা বিরাজ ওইবা, শ্রীবৎস লাঞ্ছন বক্ষদা লৈত্তেংবা! শ্রীমূর্তিমাবু দরশন ফংবদা? চৈস্থ হাযখবগুম্মা দণ্ডব কৎলগা স্তুতি পাঠ কয়ামরম তৌজরকই। শ্রীহরিগী আসন-কৎলি যরষ পচ্চারগী পুজাগা লোইননা হর্ষি কৎলী।

* টিকা। শ্রীহরিনা ভাংৎসি অঙাংগীদমক মায়া লৌথোকই, হায়রিবা মায়া লেতবা মতম অসিদা ব্যাসকী মচা অঙাং অসি পোকই। (তথাহি উপনিষদ বাক্যম) তস্মিন্ত্তক্ষনে ভুতে: বিষ্ণুমায়া বিবর্জ্জিতঃ। গর্ভাদ্বিনি: শৃতঃ শুক তৎক্ষনাদগন্তু মদ্যতে: ইতি)॥

শ্রীহরিনা মনাইগীদমক মায়া লৌথোকপা অসী মুহুর্ত্ত হায়বা পুংলুপ অমনী, মায়া লৈতব মতমদা স্থকদেব পোকই। পোকপগা চহি ১২ গী মীওইদ লেপ্লী। কুচুনা সনা ফুবো বগী মচুনী শংা খোইদুগী মচুনী, লেপাক্তা রাই রাই লাওনা ঈ ই চাইনা তাই। স্থকসী পরজন্মদা বিজ পুরক কৌবা খুঙ্গংদা। ব্যাধ ওইনা পোকলম্মী মানা লাং শাক্তুনা তেনরা লাবা অমা ফাখী তেনরা অযোম অহুনা শাপ তৌখী। ব্যাধ নংনা মরান লৈজদবা ইপুরোইববু ফাবগা ঐবু কাইনহনবদী। অহুগী দোযনা হরেংমুকী মপোক্না তেনরা ওইনা পোক্লগা, অতংা অমনা নংথন্থ অরাবা পীসন্থ শাইখী। মতুংদা গুরুকৃপা তান্নুনা যোগ তৌজরকপনা কৈলাশদা তেনরা ওইনা পোক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী নাম মহামন্ত্র ফংজরকহুনা হুংদা ব্যাসকী মচা ওইনা পোক্লবনী অহুনন্থ তেনরাগী মায়তা মাল্লী হায়রহুনা স্থকদেব কৌবনি অম্বুনন্থ উপনিষদনা হায়রী।

ব্রাহ্মণশু চরন্দা খুরুমজরে, অহুগী ভুংদা খুৎ লোয়হুনা ব্যাস মুণিনা হায়জরকই, হে প্রভু ননাগী গুপী অসী চহি ১২ শুয়ে গর্ভ ধারন ওইবা। গর্ভগী অঙাং অসী তাইবং থোকলো হায়বদা, মায়াবু কী হায়হুনা থোক্লকউ য়াদরে; মরম অহুনা প্রভুবু কোঞবনী। য়রম অসী হঙ্গংলগা শ্রীহরন্দা হন্না ২ হায়জরকই? শ্রীহরিনা হায়রকই ব্যাস য়াকুশু ঐনা নচাবু তাইবংপান থোকহল্লগনী, অসি হায়রগা ইবুঙো মাগী বিষ্ণুময়াবু লোথোকপীরগা, মধুর বানিনা হায়রকই। হে: ব্যাসগী মচা অঙাং নং মপান থোলকও ঐ লাক্লে; হৌজিক মায়া লোথোক্লে ঐগী মায়ানা নংবু থুহুম চন্‌বা ঙমলরোই, ঐগী শকক্তম অসী নংনা মুন্না য়েংজগোরবো। শ্রীহরিনা কোকিলগী স্বরবু চমথরবা, থুমলবা মাথংবু তারবদা, গর্ভগী অঙাংনা মমিৎ পাংহুনা য়েংলকপদা জগৎকী মায়া হাংলিববু উরে। শ্রীহরিগী নিংথিজরবা জগৎ সুন্দংনবগী মশক ওইরবা; শ্রীমুত্তিবু উৎরবদা অঙাং অহু হরাওনা মমাগী গর্ভদগী মপাল থোক্লে? অঙাংনা পুন্দা তাবগা শ্রীহরি অন্তর্ধান ওইখরে। হরি মবুঙোবু শুংশিবা প্রেমনা ঙাউ-থিহুনা। গর্ভগী ডড়ি থোমজিল্লগা; হা-হ'ন হরি হায়না কৌহুনা অরাং পা না চেনখরে। গর্ভগী মানম্নু তৌজ্রি গর্ভ ডড়িম্নু য়াওখরে; অঙাংগী মতৌ উবদা অতিয়াদগী লাইনা লৈ চাইথরক্লে। অপম্বরাশিংনা জগোয় শাথী, গন্ধর্বশিংনা পুংয়ৈ, কিন্নরশিংনা ইশৈ শকই, সর্গগী দুন্দুভি বাজন তৌখরে। সিদ্ধ ঋষিশিং শ্রীকৃষ্ণগী নামকির্ত্তণ তৌনরকপনা! অতিয়া মণ্ডল পুমনিন্নিনখরে। মতাং অসিবু শ্রীহরিগী চরণ পদ্মবু কোকথক্তা হাপচরগা শ্রীহরিদাস সিংহনা ইমালোন্দ ঙবাগী সেবা কচ্চরী।

---

## অধ্যায়

# ব্যাসপিতা পুত্র সম্বাদ কৌবা

### য়ারী মতাং

সৌতিনা হায়জৈ তাবিয়ু মুণি সভা, চহি তরানিথোই য়াদা গর্ভ পুররুবা। মচাবু পোব চরগা ইমা কৌবমদনা চংশ্রিবা অহু উবদা। মচাগী শুংশিবা প্রেম্না ঙাওহুনা, কপস কপসহুন থোঙ্গেল য়াংনা কৌরক্লে। হা: ইচা ইবুঙো ২ ইমাগী নাক্ত হল্লকখো; ইমাগী অমৃত থক্লখে চহি তরানিথোই চুপনা নংবু য়ানা ইমানা গর্ভ পুজররুধনী? ইমাবু নংনা হন্দোক্লমলগা কদাইদ চংখরিবনো। নংবু উদ্রবদী ইমাদী নঙ্গি প্রেম্না থাংবা ঙমদহুনা লেপনা শিবা তারে? ইচা মমা হাৎপা পাপ ফংবা তাগী। নমা হাৎপা পাপতি জগত্তা কোকপীনবা লৈতবনী, মমা

য়াথং ভাকপনা মচা ওইবগীমু অরেপ্পা ধর্ম্মনী ; ধর্ম্ম ভাকপনা মীওইবগী অথোইবা লম্নী। ঈমাগী য়াথং ভাকুনা হল্লকুগা অমৃত থক্লগো ; অসি হায়রগা কৌরগ মচা মুংশিবগী মৈচাক্না খাংবা ভমত্রতুনা ! লৈমায়থক্তা হায়রথরে। পুয়াগী মতো উবদা ব্যাস মুনি, চেশিনখিতুনা কোনখল্লী, মচানা চংখরিবা মাইকৈ য়েংলগা রা হায়রকই। পুয়ে কপকনু হোৌগৎলু ঐ ইচা কারুগে, নখুনাক্তা নচা সোইদনা পীগনী. অসি হায়তুনা ব্রহ্মানীবু যেমজিল্লংলগা !! ব্যাসমুনি মচাকাগে হায়তুনা ভাম্নরকে। ভাম্না তাগা কৌতুনা হায়রকই, হে পুত্র ঐনা মতম কুইনা লাই নিংজতুনা, কংওম্‌দনা ফাজরবা ইচা ননী। ইচানা নপা ঐবু ভন্দোকুমলগা কদাইদা চৎলিবনো, ইপাগী পোনকম অসী তার।! অমুক্তা হল্লকখো, অসা হায়তুনা ব্যাস খোজেন রাংনা কৌরকই। মচানা হন্না ফাওবা য়েংলমদনা অতুম চংখবে! খর চৎলগা ফজরবা পুখ্রি অমদা লাইগী নিতোনশিং, মশাগী লৈতেং পুন্নমক থমলগা নেবেইতুনা শারবনী। ব্যাসগী মচানা পুখ্রি মনাক্তা শমতুনা চৎলী, লাইরোশিংনা পুখ্রিগী কাথ লনতুনা বোইশিন্দুনা থেললগা য়েংনৈ,, ব্যাসগী নচানদী মখোইবু মিৎচিনা ফাওবা য়েংলমদনা ! হেন্দোকতুনা চেল্লী। তুংদা ব্যাস মুনি লাকপা উবতুনা দেব কন্যাশিং অদো পুখ্রিদগী আভরণ শেংচিনরকই অতুবু মুনিনা উরগ মতেকপা ফঙই। হে-দেব কন্যাশিং, ঐগী ইচা নশক মতো ফজরবা পাখং উবদদী, নখোইনা ইকাইদে বৃদ্ধ ওইরবা ঐবু উবদদী, নখোইনা ইকাইরিবা করিগীনো হায়রু। বাসগী রা তাবদা দেব-কন্যাশিংনা হায়রকই, হে: মুনি নচা পাখংদা নায়া পত্তে, অদুনা ঐখোহ ইকাইদে, মুণিদী মায়া পকই অদুনা ঐখোই ইকাইতুনা, ব্যবহার তৌজরিবনা রাসী হায়রম না লাইবেম্বীশিং লাইবৈপাক্তা হনখরে অদগী ব্যাস খর ভাম্না মচাবু কংখী, মচাগী মাদ খংলগা মুনিনা খাম্মী, হে-প্রান পুত্র নংবু উবদ্রবদী নমা নত্তু, সোইদনা থরাই খারগনী। অদুনা নমা হাংপা পাপ ফংলগনী। নংনা নমাহাংপা পাপ ফংলবদী, নংনা কংগে নিংলিবা হরিবু কদোইদম্নু ফংবা ভমলরোই। ঐনা হায়বা ইল্লু মপানা মচাগী গুরুনি, গুরুকৃপা লৈরগা শ্রীহরিবু ফংগনী; ইপাগী য়াথং ভাকুনা অমুক্তা হঙ্গিল্লু। ব্যাস মপাগী রা তারগা মচানা খুমলকই, হে: পিতা নংনা ইমা ইপাবু মুশিবা হায়বা অদুমু থংজদে, ঐনা মুংশি বদী শ্রীহরি মাবুতবা। ঈনা ইপাগী মকমদা হঙ্গিন্দুনা, মায়াগা তিনতুনা লৈমিন্নবা ভমলোই ? ঐহাক্তি হরিমাবু খিবা পাম্মদবনা চংচখরগে। মচাগী রাহায় তাবদা বেদব্যাস জ্ঞান মাংতুনা * রাপ্পুখরে ; মুনিনা রাপ্পুখরিডৈ মতমদা, শুকগী শক্তি থনমলগা

* মূল ( তথাহি ) ব্যাস মূর্দ্ধা ভবেদ যত্র: সর্ব্বাত্মা: হরি নিজ পুরংগতা। তত্রাপওঃ আননিম্ন ব্যাসং নিজা শ্রমা গতাক্টে ইতি। ১২ উপনিষদ। (তেনরাগী শক্তি থনমলগা সর্ব্বত্মা হরি থামদা লেংখি ব্যাসনা শুকমচা পুরকখি। মাসিবু টিকা কারশিংন পরিক্ষিতা শ্রীমদ্ভাগবত লিখিবা শুকদেব অসী শান্না শুকনি হায়না অনুবাদ তৌরী।

সর্ব্বা অম্না হরিদো চহি ১২ মনাইগীদমক গর্ভদা ভাইরম্বা ইবুঙোনা। মাগী শক্তি অমা হাপ্লী রমলগা বৈকুণ্ঠদা লেগখ্রে। ব্যাসনা জ্ঞান তাহনা হৌগংলকপা মতমদা মচা শুক লেক্তুনা লৈরম্মী মচাব চেংনা কোনশিন্দুনা আশ্রমদা পোররে। ব্যাসনা মগী গর্ভভড়ী ককলে শ্নান তৌবিরে। মমাগী তমপাক্তা মচাবু হাপ্লীরে। মচাবু ফংলবদা মমানা মুভাইবগী ইপাক্তা তাওহনা মচাবু চেংনা কোনশিন্দুনা লাইপক্তা চুম্মী মচাবু পমহনা অমৃত ইনী; ব্যাস মচাগী জন্ম কোষ্ঠী ইয়ে। * মমিং শ্রীশুকদেব থোল্লে। ষষ্ঠি পুজা লাংলে গৃহ শুদ্ধ ওইরে; বিদ্যা আরম্ভ তৌহনা বৃহস্পতীদ

---

*১ মুল তথাহি। পরা শর সুতং ব্যাস বেদ শাস্ত্রাথ পারগ: বিষ্ণু মায়াঃ সমা শ্রিতা: পুত্র শোকেন: মুচ্ছিত:। ইতি উপনিষদ বাক্যম ॥

ব্যাসনা মচাবু শুকদেব কৌবা অসী তেনরাগী শক্তিগা পুন্না পোক্লকই তেনরাগী মাইত্তা মাল্লি। তেনরাগুন্না অনিংব অহু উইন কম্না নিংই, তেনরানা ভাবরম্ব মুংশি য়াম্না তানিই। হাইগনা শুক কৌই বেদ তাবদী বিষ্ণুগী শক্তিনা ওইরকই হায়বদগী শুকদেব কৌবনী বাদরানী বো-বদী বেদ বদ বেদবু গর্ভদগী লোয়নরকই বেদ অভ্যাস বেদবু চিদ পুই বদরক্তা [illegible] পোকই. মরমশিং অসি লেবদগী বদায়নি কৌই অমশুং বাদরায়ন হায়রগা বেদবু কোংনোকই হায়হুনা বাম্লব থহনৈ বদারায়ন অপত্য বাদরায়নি। অম্নুমক্কু থংনৈ ইতি

---

* মুল তথাহি। ব্যাসদেবস্যঃ যস্ত্রঃ অপত্য শুকদেবশ্মিন। অরনি গর্ভ সম্ভুতঃ অগ্নি শক্ত্যাবির্ভুতঃ ভবেৎ॥ইতি॥ দেবীভাগবত বাক্যম। অরনি গর্ভদগী পোকই হায়বগী মত অসিনা ব্যাস মুনিনা মচা গুণ চেল্লবা অমতং ফংগে হায়বগী, চহি চামা ১০০ মহাদেবব নিংই। সদা সিবনা পেন্দুনা গুণ লৈবা মচানিপা অমা, ফংলো হায়না বোন পী। অহদগী আশ্রমদা হল্লক্লগা যজ্ঞ তৌগে হায়গনা মৈবা চিঙগী। মংম অহদা ঘৃটাচি ওপস্সরা লাকই। জগোই শাবী অহ উবদা ব্যাস কাম ভাবনাশা ভ্রোম ওইহনা, মৈবাচিংবগী মহৌরকপা মৈবাগী চৈ অহদা, বির্যাপাত ওইখ্রে। মুনিগী মতৌ অহ উবদা ঘৃটাচী মুনবু কিহুনা তেনরা ওল্লগা উশাদা হোংহুনা লৈ। খুদক অংদ মৈ কৌবা লাইগী শক্তি ব্যাসগী বির্যাদা তিনখিহনা খুদক অহদা শুকদেব পোকই ঘৃটাচীনা তেনরা ওনবা মতমদা. পোকই হায়হুনা শুকদেব কৌই। অগ্নিদেবগী শক্তিনা ওইখি অহুনা দেবতানা। অম্নুম্না ব্রহ্ম বৈবর্ত্তনস্থ দেবী ভাগবতনস্থ হায়রি। মত অমনা ব্যাসকী লোয়নবী শুকীনী ঋতু স্নান তৌরুরগা মশুরোইবা ব্যাসপু খুরুমজখি। ব্যাস মৈবা চিংলমবদগী পঞ্চশ্বরগী তাপ ফংলহুনা মৈবা চিবা থাদোরগা খুদক অহুদা. শুকিনীগী ঋতু পালন তৌখী। মাহুদা মৈগী শক্তি চংখিহনা শুকিনী গর্ভ ধারণ ওইখী। শুকিনীনা পোকই অগ্নিদেবগী শক্তিনী হায়হুনা শুকদেব কৌই অম্নুমনস্থ। শিব সংহিতানা হায়রি।

লাইরিক তমহল্লী। মতম খর তখদা বেদ শাস্ত্র পুস্তক লোইনা হৈগ্রে ওবাগী দক্ষিনা কংলমগ হল্লক্লে। ব্যাস মচা শুকনী বিদ্যাগী গুণ উবদা য়ায়া মুংঙাংজয়ে শুকদেব মচাবু য়েংহুনা হায়রকই ইচাদি গৃহিগী ভুগ লোরো ইমৌ অমা লুগোলসী। শুক মপা ব্যাসকী রা অদু তাবদা হাওজরকই শুকদেব নচাদী গৃহধর্ম্ম লোজরোই ? ব্রহ্মচারী ওইহুনা পরংব্রহ্মবু ফংনবা ! ইমা ইপা থাদোক্তুনা হরি মাবু নিংবা চচ্ছখ্রগে বিদায় পিনবিবো। মচাগী রা তাবদা ব্যাসনা হায়রকই ইবুঙো নংনা শ্রীকৃষ্ণ ফংগে হায়রবদী, ভক্তী প্রেম মশক থংলগা কৃষ্ণবু ফংলগদবনী ভক্তি প্রেম ফংনবগীদমক শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরানবু ঐ লিগে, নংনা পুক্নিং চংনা তারো। শুকদেবনা হায়জৈ হে গুরুদেব, শ্রীমদ্ভাগবতপু লিবিরো কৃষ্ণগী ভক্তি প্রেমবু ঐনা পামজৈ ; মচাগী অপাম্ব অসিবু অমুক্তা থুংহনবীয়ু মচাগী মকমদা বেদ ব্যাসনা শ্রীমদ্ভাগবত লিবা হৌরক্লে। প্রথম স্কন্দদগী মথং ২ লিরকপমা দশম স্কন্ধ যৌরকপা রারী মহারাসক' মতাংদা। *শ্রীরাধাগী নাম হেক তাবদা প্রেমবিকাশ ওইরক্তুনা শুক মূর্যা ওইহুনা রান্তুখে, মদক অদুদা ঋষি নারদা লাকতুনা থুগাওরে। ব্যাস নারদ হনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবদগী ! শুক চেতন লাকতুনা হৌগংখি। নারদনা শুকবু কোনবীহুনা রাগগী ভক্তী প্রেমবু শুকগী থম্মোয়দা থাবিরমলগা ঋষি ব্রহ্মলোক্তা চনখি। অদুগী তুংদা বার ফুক্ক লোইনা তাখি শুকদেবসি পোকললকপদগী ব্রহ্মানন্দ ওইনা লাকপনি মতাং অদুদা রাগ ভক্তীগী অথোইবা প্রেম ফংখি, রাধা কৃষ্ণগী প্রেমনা মরক মরকতা মূর্যা হেক হেক ওইরকই।

শুকদেবনা মূর্ত ওইবসী, প্রেমা ইশক্কারকপদা ওইবনা, কুইনা কুইনা ওইগল্লী; মরম অদুনা মংশাখিদুনা ব্যাস-নারদনা, নাম কর্ত্তন তৌই ? নামগী ধনি তারগা চেতন লাক্তুনা হৌগংলে। শুকদেবনা পিতাব্যাসগী মফমদা হায়রকই; মচাদী রৈবা গাওইহুন, শ্রীরাধা কৃষ্ণনগী নাম শোঙবনা পুন্সি লেপ্তখ্রগে। ইমা-ইপা অনিগী বিদাই পীনবীবো হায়নরকই, মচাগী রা তাবদা মচা চংখ্র-গনি থল্লুবদা অরাবগী সমজ্রদা ? লুপ্লংনা হায়রকই। হে-শুক মুম পানখে নচা পোক্লগা নমা-নপাগী লন শিংলমথো ? অদুগা কোন্না বৈবগা ওইগদবনি। শংশারদা মীওইনা পোক্লবদী, ঋণ ৩ ভোল্লী মাহুদী পিতৃ মাতৃ ঋণ, দেশঋণ, দেব ঋণ,—৩ অসিনি লমন অসি শিংজমল্লবদী: মা-

* টিকা| রাধা হায়বা নাম অসি হেক তাবদা, শুকদেবনা মূর্চ্ছা ওইরসী মুহুর্ত্ত ১২ নি ব্যাস মচাগী প্রেম উবদা, রাধা হায়বা নাম অসীংঅয়ুক ফোথক্লবদী। মচাহে শংসারদা লৈদু হায়বা য়াররোই হায়দুনা, মচানা মূর্চ্ছা ওইরিবৈদা। রাধা নাম অসি মুখৎক্ত ... অনয়া গোপী কাচিট্‌ ... গোপী ... [illegible] শ্রীমদ্ভাগবতকি ... [illegible] ... ভাগবতকী তাং ... [illegible] ... শুকদেবনা ... শুকনি রাধাগী প্রেম সিজিনি ... মরম অর্থগী টিকা কারশিংনা (ব্যাস বেতী নবে তীবা) অসুমা অনুবাদ তৌরী।

ওইবনা শ্রীহরি ফংবা ঙমলোই। অমসুং এরাতাপসু কোকপা য়াদে। হায়বসী শস্ত্রগী বোচনী? শোইবা য়াজন ঈশ্বরগী য়াথংনী। মরম অসি ঐনা নচোন্দা তাকে, মচাপোকপনা মাতৃ পিতৃ ঋণ শিংবনী, অথবা দেশ সেবা তৌরবনা জন্মভূমী দেশ ঋন শিবনী, দান ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবনা দেব ঋন-শিংবনী। লমন্ অসি শীংদোক্লমত্রবদী, জীবনু পাম্বা থাদোক্তে অন্তকান্দা যমগী যাতনা ফংগনী? পুংকৌবা নরকপু লাম্থোকপা ঙমলোই। মীওইবা পোক্লধদি ১। অহানবদা মহৈ তমগনী ২। অনি-শুবদা মচা অমসুং লন্তানগনী ৩। অহুমশুবকপদা বৈরাগ্য ওইদুনা কৃষ্ণ ভক্তিতানগনি। মরম অসিনা গৃহীধর্ম্মদা লৈরগা নচা পোক্লমগা! মাতৃ ঋন শিংদোক্লম্লগা, বৈরাগ্য ওইয়ু অদু ওইরবদী ইচাগী মঙ্গোল ওইগনী। শ্রীকৃষ্ণগী চরন ফঙনি। ব্যাস পিতাগী পাওতাক অসী তারবদা শুক-দেবনা হায়রম্বকই গৃহি বিষয় হায়বসি মায়াগী কল্লবা য়োংহিলংনা পুল্লি, জিবনা থদংপা ঙম্মরাই ইপায়ু মায়ানা পুল্লী, মাহৃ নচানা থংই, জগতভী মায়াগী মখাপোল্লি, মাহৃও ঐনা উই। মপোক কয়াগী থবকসু ঐনা থংজে! ইপাগী মফমদা নচানা লিজরক্কে, ঐ অসি মপোকয়াগী মথক্তা, শর্গগী ভুগ ফংলম্মী। গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, অপশ্বরা, কয়ানা সেবা তৌহনা! খংজাইনা লাইগুরা সর্বদা লৈরম্মী। অহুদগী হন্তরক্লনা শা-উচেক তিন কাঙগী মপোকয়ারক ফংহনা নারকী ভুগ চাবক্লে? ঐনা কিজ-বদি পোক্ল শির হজং হন্দা ফংলিবা, পাপযোনী অসিংনী! হন্দকী থংনবা মপোক্তা অনারনা দেশগী বিজপুরক কৌদা খুঙ্গংদা, ব্যাধগী জাংতা পোক্লম্মী, ঐনা শা-উচেক কয়া হাংতুনা, হিং-শাগী থবক্তা ইথো ওইরগা, ভার্য্যা পুত্র য়োক্লম্মী। নোংমদি চন্দ্রাবতী কৌমী তির্থগী, নোংচুপ থংবা চন্দ্রশেখর কৌবা বোল্লা, শক্তি তানবা চংলুই। বন অহুগী মংগী মঙ্গংদা খোংনাংবোট অমগী মখাংদা, গুণ চেল্লবা মুনি অমনা? শিষ্য ময়ামদা তাকপী তম্বীহনা লৈরম্মী। অদু উবদা

* টিকা। থবক্তা পুক্লিং চংবা অকিবা লৈতবা, অয়িবা, অশাবা, খাংবা কনবা মীগা থংনদব আত্মা সাধন তৌবা মাশিনা জ্ঞান সন্যাসি লক্ষন কৌই। পয়িংবা অশাবা নাইদবা জিবনু য়েক্লদবা লৌনিংবা লৈতবা, ইন্দ্রি খুহ্ম চনবা বেদ অভ্যাস তৌবা মুমুক্ষ ভানবা মাসিনা বেদ সন্যাসি লক্ষণ কৌই

ব্রাহ্মণ বৈষ্ণপু লুনা তৌবা, জীব খুদিংবু আত্মাগা মাৱৈ নিংবা যজ্ঞ যাগদা পুকনিং চংবা পাংং ব্রহ্মদা পুমকংকংপা? মসি কর্ম্ম সন্যাসি লক্ষন কৌই।

মুল। বৈষ্ণবাদি ঈশা নাস্তি: নৈরাশ বৈকুণ্ঠ: ষ্টিতি:। বৈদিকাদি ক্রিয়া দিনা: বিকার তেস্যা: লক্ষনম রাজ কার্য্যা: পরিত্যাজ: রাগা সুগা হবেপদম্। বাধা কৃষ্ণভজে নিত্যং রাকর তস্য: লক্ষনম।। হায়রিব লক্ষন অহুম অসিদা লৈবা অংবু বৈরাগ্যা সন্যাস কৌই জ্ঞান সন্যাসীনা সর্গ ফংই, বেদসন্যাসীন প্রেমে ফাই, কর্ম্ম সন্যাসীনা বৈকুণ্ঠ ফংই, বৈরাগ্য সন্যাসীনা গোলুক ফংই। অনুমনা হরি ভক্তি বিলাসদ হায়রি।।

ঐনা কমছুনা পুক্লিং চংনা তাক্লরে, হিংসা, অহিংসা, ধর্ম্ম, অধর্ম্ম, জিবতত্ত, আত্মা, তত্ত, ইশ্বর তত্ত, ভক্তি তত্ত। * অমমুং জ্ঞান মন্যাস, বেদ, কর্ম্ম মন্যাস, অমমুং গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, ব্রহ্মচার্য্য, ভিক্ষু অপ্রসশিং অসিবু গুরুনা শিষ্যশিংদা তম্বী। পাণ্ডৱাকশিং অহুবু ঐনা লোটনা তাজবা ফঙ্ঙুবনা সাধু মহাত্মাগী পাণ্ডৱাক অহুগী গুননা; ঐনা তৌথিবা জিব হিংসা করা অহু খল্লুবদা। ইতোম-তা কিবক্লহুনা ইখুত্তগী খুৎাই থাদোকলে? ইওকা কিয়েংতুনা মুনিগী, চরনদা দণ্ডব তাহুনা ওন-থোইনা কপল্লরে। ঐগী ইতৌ উবদা মুনিনা হংখিবক্লে, ব্যাধ নংমা ঐবু খুরুমহুনা কপলিবা করি অরাবা তাবা লৈরবগে হায়রু। মুনিগী খোঞ্জাম রাইহ তারবদা ঐনা হায়রৈ? ব্যাধ ঐনা জাতিগী ধর্ম্মনি হায়রুনা। জিব হিংসা তৌহুনা হিংলিবা পুনসি অসী। ওশি মুনিনা শিষ্যশিং অনিদা তাকপীখৎনীবা, পাণ্ডৱাক অহু ঐনা তাজবগী? খল্লুবদা ঐনা তৌবকপা পাপ থৈথিকনা মরম ওইৎনা যমগী নরকুগী লাম্থোকপা ঙমলে ইদোরে। মরম অসিনা পাপ কর্ম্মসি থারগে। তোল্লবা ননাইবু নাম *মহামন্ত্র দিক্ষা পিনবিযু? গুরুনা থোঞ্জানবীহুনা পাপ সমদ্রগী অমুক্তা লাম্থোকপীযু। ঐগী অরাবত উবদা মুনিনা, নাম মহামন্ত্র দিক্ষা পীবিরে? গুরু কৃপা কংলবদা শংসার থাবব, শোঙবে হরিগী নাম, *ভগবানবু নিংজরে ভিক্ষানা পুনসি লেপ্পরক্লে। হন্দকী মপোক অসিনা ফংজরে ব্রাহ্মণগী মপোক গুরুকৃপানা মরম ওইহুনা গর্ভদগী নির্ব্বান ওইনা লাক-চরবনী। *সত্ত জ্ঞানা নৱাগী মতম থুদিং থম্মোইদা ভানবীহুনা তৌগদবা তৌরোইদবা থবক অসিন বেদগী ধর্ম্মনি হায়বা সংসারগী অফবা ফত্তবা উরবা মচানা অমুক করি তায়জখিগদবা। ইপান্থু মায়াদ লৈবনি, জগৎকী মীম্মু লাইসু মাবাগী মথা পোনবা ওক্লি। ঐনা কিজবদী মাযাবুনী। মরম অসিন ঐদি গৃহি ধম্ম লৌজরোই ইপান। মুংশিবিহুনা ইমাবুসু থামজিনবীযু? নচাদি বৈরাগ্য ওইহুন শ্রীরাধা খৃষ্ণগী চরনবু নিংজখবগে। শ্রীগুরুকৃপানা শংসার মাগা অসি লংস্থাকচখবগে। সৌত্তিনা হায়রৈ মীওইবনা মতাং অসিবু তাজবদা মায়া নদীবু লাম্থোকতুনা লেপনা হরিধাম কংই ইতি।

হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

* মুল। অসির্ব্বাদ মন্ত্রদিক্ষ: পাপ্ত: শ্রীগুরু প্রসাদাম্মিন্। পুত্রদারা দিকং গেহং ব্যাধক্কং ত্যজিক্ষং মায়া।। উপনিষদ ৪০ক্তবা শ্লোকতা হায়রি।

* মুল তথা হ ৪১ শ্লোক। ভিক্ষা শান মায়া ভুত্বা গুরু রাগ্যা মুপা লিতা তেনে শংকস্ম না তাতো বিমুক্তোহং ভবার্ণবাৎ)।। অমুনা হায়রি উপনিষদনা।

* মুল তথাহি ৪১ শ্লোক।। তে ন পুনা শুভাবেন ভিক্ষহং বিদস্মসহং। ব্রহ্ম জ্ঞান ময়া লব্ধং কিংকরোমি মহামুনে) উপনিষদদা হায়রি।

# অধ্যায়

## রম্ভা শুকদেব সম্বাদ কৌবা

রাগীগী মতাং অমা ॥

শৌনকচিংবা মুণি ময়ামা সৌতিদা হায়জরকই হে-উগ্রশ্রবা সৌতি। নহাকনা হায়দোক্লকপা রাইহেশিং, পুরানগী কথা অসি অমৃতগা মান্নরে। মচা শুকদেবগী রাহারশিং অমসুং তারগা 'ব্যাস দেব মখা কমদোরকইবগে লয়ু। সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু মুনি সভা পুক্চেল অরেপ্পা থওঙ্‌হনা মচাবু মাখা হাপচিন্নুনা ফাজিল্লগা। থম্মা যানবা উপায় য়েংলগা থন্দুনা, মচাবু খনমলগা ইন্দ্রলক্তা চংখ্রে ইন্দ্রদেবদগী হাযজত্থনা বস্তা জগোযশ্বাবী পোরক্লুনা শুকদেবগী মফমদা থাজিনখ্রে চংখিহনা রম্ভা মখুৎ ২ লোম্নরগা শুমহৎনবা মিৎয়ে গা লোয়নননা। মোমোন নোকতুনা কোকিলগী স্বরবু চেংরবা শোনফম্না নোলুক্লা থুমলবা রাগা যনা হায়রকই। শুা চেত্রব হে শুকদেব বাক্রানা এবু অমুক্তা য়েংবীয়ু? সর্গগী রম্ভানী ঐবু ইন্দ্রনা থারক্লুনা, ব্রাহ্মনগী মভমদা লাকচবনী। ব্রাহ্মণ নহাক অসি নিপাগী মপোকতগী অথোইবনী; অধুব নিপগী মপোক অদু মশা যানহদন চংশিদোংব হায়বা অদুনা ব্রহ্মাবু মইং য়াঞ্জনিংহনা লাকচবনী। নিপা ওইবগী ফত্রবা মপাক অসিগী? শুংডাইবা পুন্সি মাংহনগদ্রসি, রম্ভা ঐনা ফজরবা ব্রহ্মাণ নহাক্তী, লেবা তে জগে। মবোন ৩ অসিগী মমুংদা য়োবিবিনিংবা মফম খুঙ্গিং শুভাইনা কোয়বায়ু? ঐন 'মংকুপ ২৩দ শোগন পুংনব পুঙ্গানা। সর্গ মর্ত্ত পাতাল মরোল অভম'' অসিদা লৈনিংব মফমদ লেবাক্রন? শুভাইনা পুন্স লেনবিয়ু। 'অমসুং রাহায থরা হায়জগে, নুপী হাযবা অসি নিপাগা পোথকমনি? পোথাফম লৈত্রব নিপাদুগী পুন্সি অরেম্বনি। নুপী হাযবা অসিন জগংকা মঙ্গলগী মশাক, মরোল অদুমনী নাক্লা নাম শোনবদ! লক্ষ্মী নরাযন, সীতারাম; গোবা শঙ্কর, শ্রীরাধা কৃষ্ণ অমুম্না নুপাগী মিনা মাং থাহনা শোম্নবনি। নুপীগী সতী ধর্ম্মনা; মপুংবাইবদু মবক্তা নংপ চমই? নুপাগা সত ধর্ম্মগা শুপনা লাইরৈপাকপু জয় তৌই। অদুগা সিদ্ধান্তু এদা সেতাগা শুনন! শংখচুর অমুযা, সাংখাবক জয় তৌখিবা অদুনী। জগংকা বান থৈবক্তগা, স্বভাব রাংনন। অ াইবা, বসিাং দুদিকন্তুরু শ্রীমদ্ভাগবতনা তাক্লি গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা আম্নাদা লোংননা মশা পুমকং কংখোকই? 'মরম অদুনা মহারাসদা এক-গোপী এক-শ্যাম অমুম্না ভগবতনা তাক্লি। অমসুং সে ক্রিয়া রোমদগী পরক্রিয়া রোসনা হেথী, কৃষ্ণবু ফংগে হাযবর্দি বৃন্দাবনোসদা চহনা নিলবদা! সোইদনা কৃষ্ণবু ফংগনী শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্য, মধুর, মডা অসি? কৃষ্ণ ফংনবা ভক্তিগী বোস অথোইবনী, মডা অসিগী মমুংদগীসু মধুর রোসনা অথোইবনী, অমুম্না ভক্তশিংনা লৌনবী। মরম অসীনা

ব্যাস মুনিগী মচাইবুঙতো শুক মতোন্দা ঐনা অম্মম শুহারগে. *শৃঙ্গার রোসবু লৌত্রবদৌ লিপা অদুগী মপোক অহু অরেখনি। লাইরিক লাইস্থু হৈরবা, গুণ চেমবা ওইহুনখ্র কায়দরে। ফজরবা শুক নহাক্না কজরবী রম্ভা ঐহাকপু, শৃঙ্গার, রোম অম্বাদিন তৌবিয়ু। ব্রহ্মা ইন্দ্র সিবনচিংবী লাই-খৈবিক্লা, শৌনকচিংবা মুনশিং মক্না, রতী রোসবু লৌনরি। রতীরোমদা হৈশিংলবী রম্ভানা, হকচাংগী অযয়ব খৈবিকপু উত্তনা! শুকদেবগী পুক্লিং শুমহৎকে হায়বগী! হেশিংলবা রাডাং রাভা খৈবিক্লা, মরম ওইহুনা হায়জয়কই। শৌনক্না হাই পৌতি শুকন কমদৌরকই, সৌভিমা হায়রকই হে-মুনি সভা! রতী বিদ্যাদা হেশিংলবা, রম্ভাগী রাহৈ রাও কয়া তারবা! মানা শুমহৎলব উং-লিবা অজ ভঙ্গি উরগা! মাত্তিক চাওরবা শুকদেবনা হায়রকই। হে-রম্ভা শওং শাদা ফজরবী, রোস থংলবী নংনা ঐগী পুক্লিং শুমহৎলগে, হায়বগী মতৌ নংনা উংলি। ঐদি নঙ্গী শকক্ম উবদা অকিবা পোক্লে? ঐনা কিজরিবা মায়া অদুগী মমাদা, মুপা নথোইনা ওইরমলে। শংসারগী লাইস্থু মীশু ত্রিব খুদিংমক, ময়ানা পুক্লি নাম্থোকপা য়াবোই? ঐনা থংই ফুদা নথোই অসিনা লাং থাকপা হৈরবা ব্যাধগী মশক্লি। লাংদা থুবরা শাগুবা জগৎনী; ঐহাক্তি নহাক্তী লাঙ্গী কোঙ্গায়দা! ইডক হুকচিন্দুনা কমদোনা থুহলসিবা। রাডাং রাভা ফজরবী নংনা হৈশিংবা মতৌ উংতুনা! ফজরবা মধুর রসবু ওন্নকৈননা হায়রি। মাদুগী মরম অহ ঐনা নতোন্দা অমুক হন্না ভাকনিংসি? থুপলবা রাসগী রসবু নংনা, কাম লিলানি হায়না মায়াগী মওংদা! ভানা হায়রিবহ চুমদে। গোপী—কৃষ্ণনা শান্নবা রাসদা মায়াগী রাংমদা শানবা লীলানি? ভগবান্দী মায়না কামনা থৌপনবা ভমনে! গোপানা সত্ত্ব রজ, তমগী রামদা লৈ? মায়া গুণ য়াওদে ত্রিগুনা তিত্ত ওইরবদা! মহারাসদ গোপানা শ্রীকৃষ্ণবু থৌগল্লি। মাদুগী খুদমদা, গোপীনা মমা, মপা, মপুরোইগী মচা মুংশিব মায়াগী য়োম্লিংবু খদংলগা। ব্রজরমনীশিংনা রাসদা কৃষ্ণবু থৌগনবনী? মসিবু জগৎনা ভমনদে. গোপীশিংনা ভমই। অহু য়োশরবা গোপীমকনা রাসদ নাপল য়াওরকহুন। মথোয়দা নাপল উবদগা? শ্রীকৃষ্ণনা রাস মণ্ডল দগী মা থোকখিবনি। কৃষ্ণগী থৌগল ফত্রবদা থোগনজনীংঙনা, বন খুদিং কোইহুন। রানা থিজরকখি কৃষ্ণবু উত্রবদা গোপীশিংনা মরাল থংলকতুনা অরানবা রাথল থাদোরগা? অচুম্বা থিখী। "কৃষ্ণবু নিংজবা" কৃষ্ণগী লিলা মতৌ তম্জনা শানবা! মাগী নাম শোঙবা কৃষ্ণ নিংজবা নংনা অংতাম্ন রাথন থমখিত্রে। কৃষ্ণবু নঙনা অতোপ্পা পোৎশক অংবুম্ব উনিংখিদ্রে। অসুম্বা মায়াদগী লাম্হোকতুনা, পুক্লিং হকচাং আত্মা কৃষ্ণগী চরন্দা পুমকৎ কংথোকখী। গোপীশিংনা শাওনিংবা অপাকপা লৌনিংবা য়েক্কবা অরাপ্প থৌরাংবা লোধুপ লোকোয় ভোবা অরাংবা চাওথোকপা কেথোকপা অরাবা ভুংনাঙবা। অকিব

---

* মুল তথাহি।শব্দান্তরং মুক্তি নিরং কৃত্তান্তরং তত্বান্তরং নীতি নিরন্তরান্তরং। শাস্ত্রান্তরং যঃ পুরুষো নঃ সেবতে বৃথান্তরং তস্য নরসা জিবনঃ। ইতি। অসুম্বা উপনিষদনা হয়রি ॥

মীনবা নুংশিবা কত্তবা মায়াগী রাথনশিং অসী ? থাদোক্লগা আত্মা কথোকতুনা শুদ্ধ প্রেম ওইরবা মতমদা * কাম্বু মাইথিবা পিহ্না রাস মণ্ডলদা শ্রীকৃষ্ণনা ফাওবীরকতুনা গোপীশিংন রাসদা কৃষ্ণবু কংজখী। অসিগুম্বা ব্রজগোপীগী শুদ্ধ প্রেম অসিতবু মধুর রোস কৌই। অসিবু উদ্ধব বৈষ্ণবনা থংহ্না গোপী ভাবপু লৌজখী। অহুব্ব রম্ভা নংনা ওয়তৈননব ঐঙোন্দা তাক্লি নংনা কজবা ঐনী অসুম্না নাপন তৌদুনা উৎলিবা অঙ্গগী ভঙ্গী অহুবু ঐনা য়েংবদা *মশিং লাকওয়ব তিন কয়া বিষ্ঠা সূত্রগা লোয়নবা। দুর্গন্ধ ওইরবা রম্ভী ভোগ অহুব্ব ঐনা লৌরুরবদি ? নরক কুণ্ডদা লুপ্ত তারি। মরম অসিবু থংলবা পণ্ডিতশিংনা ; মতম খৈবিক্তা শংসার থানবা হোংনরিবনি অহুবু জীবনা মায়াগী য়োহ্লিংনা পুল্লিবা অসি নাম্বোকপা ভমদে। মুপী হায়বা অসী কুহক মায়া গুমহ্: পোংশকনী। অসীবু ঐনা পুক্লিং চংলুরবদ নহাগী শককমস্থ মাংখিগনি লাইথুং কয়াস্থ লাকনী, অহনগী শককমগু ওইরক্রনী, পুনসিস্থ লোইথিনী। ইচা ইগু য়োক্লবা হোংনয়ীতৌদা। ভক্তি তালহৌদতুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংবস্থ ডমলরোই। আত্মাগীস্থ অমাংবনী শিবগা যমগী বাতনাস্থ লেপ্প ফংলগনী। হে রম্ভা লাইবক ফবী নংনা, ঐবু নুংশিবিরবদী ? শুক ঐদে শংসারদগী লাম্বোকপা ডমজনবা থৌজান পীবিরম্ম্। শ্রীশুকদেবগী মায়া শক্রুবা মগুণ ? সর্ব্বগা ওইবা শক্তি উবদা * রম্ভা জগোইশাবী। সুকগী মাংদা লৈবা ডমত্রতুনা। মাইথিবা ফংবদগী ইন্দ্রলোকপা ঃনখরে। মতাং অসীবু মীওইবনা পুক্লিং চংনা তাজরবদী ? অন্তগী কান্দা ভবার্ণবু লাইনা লাম্বোক্তনা। হরিধাম ফংগনী। শ্রীব্যাসদেবগী য়াথংনী ব্যাসবানীদি বেদ বানীগা মানরবনি ইতি ॥ শ্রীগোবিন্দগী চরন পদ্মবু থুরুমজতুনা শ্রীগোকুল সিংহ কথাবাচক পণ্ডিতনা লেংবিরম্বা রাবী শৈরেংনি। তোরবা সবক শ্রীহরি দাস সিংহনা ওঝাগী সেবা কঙ্কবনী। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল

---

* মূলদা। অপ্রা মাকিন্তু সৌরী শ্মায়মান মুখাম্বুজঃ। পিতাম্বর ধরশ্রগবী সাক্ষাত মন্মথ মন্মথঃ অসুম্না শ্রীমদ্ভাগবতনা হায়রি)।

* মূলদা। ( অমেধ্য পূর্ণে কৃমিজাল সঙ্কুলে সভাব দুর্গন্ধি বিনিন্দি তান্তরে। কলেবরে মূত্র পুরীষ ভাবিতে রসন্তি মূঢ়া বিরমন্তি পণ্ডিতাঃ)। উপনিষ বাকম্।

* মূলদা। শুকস্য বচনং শ্রুত্বা নিষ্টুর চাস্তি নিস্পৃহং। শাপ লজ্জা পরা রম্ভা প্রযযৌ শক্র সন্নিধৌ॥উপনিষকি ৮৩সুবা স্লোকতা অসুম্না হায়রি।

# অধ্যায়

## জনক ঋষি শুক সম্বাদ কৌবা

### হারী মতাং

নৈমিসা কৌবা বনগী মনুংদা পুরাণ তারিবা.. শৌনকনচিংবা মুনি মহাক্না সৌতি রেংহুনা হায়রকই। ব্যাসগী খোঙাম্নগী সর্ব্ব সাস্ত্রী পুন্নমকপু থংলবা হে সৌতি নহাক্না লিরকপা ইতিহাস অসিবু তাক্লবদা। ঐখোইগী লাইবক ফবনি হায়না নিংজরে। নংনা চানবীহুনা চিথদনা লিবীয়ু। রম্ভা মায়থিখ্রবদা; শুকদেবনা কমদৌরকইবগে। সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা ব্যাস মহামুনিম্না রম্ভা হনখ্রবা মতুংদা মচা শুকদেবগী মফমদা নিংথিবা হাহায়না অমুক হায়রকই হে শুক ঐনা নঙি মঙোল ওই নবা মীওইবা ১পোক ফংলবদা তৌগদবা ধর্ম্ম হায়গে? ইপানা হা অসীবু নংনা মন্না তাও। মীওইনা পোক্লবদী গৃহী ধর্ম্মদা লৈবগা, ইচা ধারা কৈন্যা পোক্লগা পিতৃ মাতৃগী লমন শিঙনী। মীওইবনা, ইচা ধাবা পাল্লমক্রবদী? যমগী পুং কৌবা নরককী নাম্থোকপা য়াদে। লাই নিংজবনসু পুন্য কয়া তান্দুনা সর্গ ফংসবসু! সর্গগী ভুগ ফংহুনা লুংঙাইনা লৈবা য়ারোই। নরকনা লৈবগা মান্ননা য়াগনি। মীওইবনা তৌগদবা ধর্ম্ম শাস্ত্রনা তাকলিবা নিয়ম ঙাক্নুনা নীংইবনা গৃহী ধর্ম্ম লৌরগা মাতৃ পিতৃ দেব ঋন শিংদোককনী। সংস্কার কয়া পাংখোক্লগনি। অদুগা সাধু সঙ্গ তৌগনী শুক কৃপা তাল্লগা বৈরাগ্য ওইদুনা ভগবানবু নিংজখ্রবদী। পাপ যনী লাম্থোকখীবা য়াগনি। হায়রিবা শাস্ত্রনা পিরিবা নিয়মশিং অসি। পাংথোকলমদনা যোগী সন্যাসী বৈরাগী ন্যাপী ওইহুনা ফনা কম্না ভগবানবু নিংহুনসু অপোক অসী নংলিবা সংসারদগী লানথোকখীবা য়ারোই, ইপানা হায়বিবা অসিবু ইচানা থাজদ্রবসু হৌজিকমক মিথিলা কৌবা লৈবাক্তা!! জনক কৌবা নিংথৌ অমা রাজভুগ চাহুনা পাল্লি। নিংথৌ অসী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি তত্ত পুন্নমক থংলবা। জীবন মুক্ত ওইরবা। অথোইবা মীনি। রাজর্ষি জনককী মফমদা চকুনা হংলুরবদী অচুম্বা লম্বা থংগনী। মীওইবনা চৎকদবা লম্বাদি বেদ শাস্ত্র থৈবিকপু অন্বয় বেতিরেক তৌরগা। সাধুশিংনা লেপ্পুনা লৌনরীবা অসিনা। শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা অচুম্বা লম্বীনি। বেদ শাস্ত্র ফন হৈহুনসু, সাধু সঙ্গ তৌহুনা য়ামনা নৈনরবা সাধু মহাত্মা শিংগী পাওতাক, লৌগ্রিবা মী মহাক অং কৃষ্ণ ফংনবা ভক্তীগা অচুম্বা লম্বা থংদ্রীবনা। হায়রবা শুক নংনা থংউ। মরম অসিনা ভাগবত ভক্ত উত্তোম ওইরবা রাজর্ষি জনককি মফমদা হঙঙ্‌-রবদা থঙনী, শুক নংন, অমুক্তং চতুনা হঙঙ্‌পো। মীওইবনা চংকদবা, চৎলোইদবা, ধর্ম্ম অমমুং শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা ভক্তিগী তত্ত, পুন্নমক থংলগা অমুক হল্লকখো। ইপা ইচা অমুক উনাথিসি

অসি হায়রুনা ব্যাসনা, মচা শুকবু বিদায় তৌরক্লে। সৌতিনা হায়রে তাবিয়ু মুনিসভা। ব্যাস পিতাগী বাক্য ফংলবদা, গুরুভক্তি তৌরমলগা শুক থুনা য়াংনা চৎখিরুনা। মিথিলা লৈপাক য়ৌথরে? জনক নিংথৌগী হোজঙদা থুঙলরে। শুকনা দ্বারীদা হায়রকই, দ্বারা নথোয়না নিংথৌগী য়াথং অমুক্তং লৌবীরু। ঐ নি থৌবু অমুক্তং উনজগে।

দ্বারীনা হংলকই কদাইদগী লাকপীবনো? মরম করিগী উনবিগদৌরিবনো। শুকনা হায়রকই ঐবেদ ব্যাসগী মচানি, বদরিকা শ্রমদা পোকপনী, জনক নিংথৌগা তত্ত থরদং ভানজনিংহুনা লাকচবনী। দ্বারীশিংনা নিংথৌগী য়াথং লৌরুরগা! শুকবু বেব্যাহারগা লোয়ননা, সভাদা পুশিনথরে। শুকদেবনা রাজ সভা দণ্ডবতনা খুরুম্মী? শুকগী গুণ উবদা জনক নিংথৌনা। আসনদগী হৌগৎলুনা; দণ্ডবতনা ওকথী। আশন থায়, মতিক চানা সেবা লাংহুনা, শুকদেবশু পেনহল্লী জনক নিংথৌনা হায়রকই, ঐগী সভাদা ব্রাহ্মন মচানা, য়ৌবিরকপা করি দান কচ্চোগে, হায়নিংবা অপাম্বা, কব্বি লৈবগে হাইবিয়ু। জনক ঋষিগী মফমদা শুকনা হায়রকই? তাবিয়ু মহারাজ, ঐবু পোকপাবা গুরুদেব ব্যাসনা। গৃহী ধর্ম্মদা লৈয়ু হায়না তাকপীরা? ঐনা পৃামজবদি বৈরাগ ওইহুনা, শ্রীহরিবু নিংবনা পুন্সি লেজবব অপীনী। জগতকী গৃহী বিষয়গী ভোগ অসিবু যমগী নরকী মশক ওইনা উরী? ময় অসিনা পুদুনা শ্রীকৃষ্ণ ফবা জমলরোই। বৈরাগ্য ওইহুনা কৃষ্ণব নিংজখ্রগে, বিদায় পিনবীয়ু নিজবদা, গুরুদেবনা তাকপাবি। শংশারি ওইহুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎলগা, ঋন শিংলমদ্রবনা, বৈরাগ্যবু ওইহৎলু, জমনবা শংশারসি নাহোক পা য়ারোই। মসিবু খাঙজরবদা, মীওইবনা ভোগদবা থবক, তানগদবা পুনা, কৃষ্ণ ফংনবগী ভক্তি তত্ব, পুম্মনক্কী অচুম্বা লম্বী খংলবা। মিথিলা লৈবাক্কী জনক নিংথৌদা, জিবন মুক্ত ওইরবনি? জনক ঋষিগী মফমদা হংজরুরগা অচুম্বা তত্ত পুম্নমক থগ্গনি? অপুম্ন তাকপারকই ইপাগী য়াথং মতুং ইদুনা মহারাজাগী সভাদা, রৌজরকপনী? সাধু মহাত্মা ওইরবা মহারাজনা। চানবীহুনা ঐনা কিজরিবা শংসারগী মায়া অসি? নাপ্পোকুনা, শ্রীহরাগী চননবু ফংনবা; লম্বী তাকপীয়ু। অমসুং ঐনা হংজনিংই, শ্রীহরিগী ভক্ত তত্ত থলগা, ভক্ত রাজর্ষি মহাবাজত্ব? ঐনা চিংনরাবা অমনা। বিষয়দা লৈহুনা রাজ্য ভুগ চারিব। সাসন তৌবদা হিংসা কয়া য়াওরি, য়েক্নববু থুংমে চনবা হোৎনরি, অচুম অরান বিচার তৌহুনা মাবুম্ন দণ্ডী পারি। ময় শুা কয়াম্নু শিজ্জর, গৃহীগী ভোগম্নু লৌরী, মনম্বা ওইদবা, অবানবা, অপাম্বা, লোনিংবা, শাওনিংবা, মাহথিবা য়াওরি। ঈমা ইপা ইচা, নুপু, শাগৈ, ভাই মরুপ মপাং মামা সম্বন্ধগী করবা য়োংহিলংনা, পুন্দুনা লৈরিবা মীনা জিবন মুক্ত ওই হায়বা। অমসুং মীওইবনা ময়াবু নাপ্পোকুমা। ঈশ্বর ফংগনি হায়বা, অসিবুয় ঐনা য়ারা চিংনৈ। মরম অসিনা ঐগী চিংনবা কোরুবা, মহারাজানা শুগাইনা তাকপীয়ু? শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা ভক্তি তত্ত, মীওইবনা চংকদবা অচুম্বা লম্বী; খংজনিংবদগী সাধু মহাত্মাগী, পাওতাক লৌজগে হায়হনা লাকচবনি। শ্রীশুকদেবগী রাহায় অসিবু তাবদা, জনক ঋষিনা ফজবা রাহৈনা হায়-

ৰকই ?. ব্যাসগী মচাইবুনো হে শুকদেব ॥ কয়িনু থংজবা জনক ঐগী সভাদা, লাকপীবা অসিগী মমক, অতিথী ব্রাহ্মণ অমগী সেবা দান তৌজবা ওইনা ব্রাহ্মণনা চিংনরিবা রাজমশিং অদুগী মরমদা। থজবা থবদং শঙক্ষেপ ওইনা হায়জরকে ? পুক্সিং চানা তারো। মীওইবগা পুক্সিদা তৌদবা রাগ্রবা সংস্কার ৮ থক লৈ ? সংস্কার অদুগী মরমদি ১। শাস্ত্র তথা ২। দিক্ষা ফংবা ৩। লুহোংবা ৪। লনতানবা ৫। মচা পোকপা ৬। দেশ সেবা তোবা ৭। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অতিথি ইষ্টদেব সেবা তৌবা ৮। দান তৌবা কথোকপা ? চায়রিবা নিপাল অসিনি। লাইরিক তম্বনা জ্ঞানবু ডানগদবনী, দিক্ষা ফংবনা ভগবানবু থংনবনী, য়ুম পামবা লুহোংবনা জিববু শুমহৎ তুনা রাহল্লিবা মায়া কাপ্পু শেংদোকবনি। লনতানবনা গুরু কৃষ্ণ বৈষ্ণব সেবা, জিববু য়োক্লবনী মচা পোকপনা পিতৃলককী ঋনশিংনবনী। দেশ ভক্ত ওইবনা মাতৃভূমীগী ঋন শিংদোকপনি। দান তৌবা কক্লোকপনা, ঐগী কায়িসু য়াওদে হরি মাগী মরম্নি। হরি মানা পরমাত্মা ওইদুনা লৈ জিব খুদি বু পেহল্লবদি হরি মানা পেল্লি অমুম্না হরি মাঙোন্দা পুক্সিং লেপ্পা তমবনী। সেবা তৌবন তৌবনা জিব খুদিংবু নুংশিবা অনোনবা ভক্তি তম্বনি, হে শুকদেব সর্গবুসু পামদবা নরকপুসু কিরুদবা। অরাবা মংঙাইবা ঋংনাংবা অকিবা থল্লুদবা। জগৎসে মায়াগী মিংয়েং ওইনসু য়েংঙদবা॥ জিব খুদিংমক্তা চংদুনা পরাত্মা ভগবান লৈবনী। মতম খুদিংদা অমত্তং মক্তম খুদিং হরি মাবু ? সতপ্যাম্না মমম ওইদুনা উজগদবনী। অসিবু প্রহ্লাদনা উথী অমসুং ধ্রুবা নারদ ভক্তশিংনা ফংঙমম্লবা। হরি মাগী কৃপা ফংথা। অসিগুবা ভক্তিগী তত্ত্ব জ্ঞাননা ভাল্লবা মী মহাক অদো জিবনমুক্ত ওইরবা মীনি। শুকদেব নঙোন্দা অমত্ত হায়গে ? মচা ওইববু মমা মপানা ফহন্নিংবা মরম্না ? পুনসি চুপ্পা মচাগী মক রাবনী। মসীবু মচা ওইবনদী মমা মপাগী সেবা তৌনিংদে প্রেম হায়না অসী তীর্থগী ঈচেন গুরনী ? তীর্থগী হোরকক্ম মরু ঈফুৎ অদু লৈত্রবী; তীর্থগী ঈশিং ইচেন অদু লৈরমলোইদবনা। মরম অসিনা মচাগী গুরুদি মমা মপানা অথোইব গুরুনি ? গুরুকৃপা লৈত্রবদী হরি মাবু ফংবা য়ারোই। হায়বা অসি ভগবান মাগী য়াথংনি। হে ব্রাহ্মণ মচা নহাকপু পোকপা শ্রীব্যাস মুনি অসি। ত্রিভুবনগী লোক অসিনা বেদগী অচুম্ব। অর্থ থংত্রবদী, জিবনা ঐবু ফংঙরোই হায়রনা। হরি মাগী শক্তিনা পরা শর মুনিগী মচা ওইনা! সত্যবতীগী গর্ভদা পোকলরীবা। দ্বৈপায়ন ব্যাসদেব অসি শক্ত্যাবেশ ওইনা। সত্যবতীগী গর্ভদা পোকলগা বেদবু অঙ্গ ৬ থোক্ন থাইদোকলগা অঙ্গ ৬ না অমুক ১৮ থোকনা থাইদোকতুনা * পুরান ১৮ লেংথোক্লবা। জীবনা ভবসাগরবু লাপ্থোক্লুনা শ্রীহরিবু ফংবা ঙমনবা উপায় থম্বীরবা। কৃষ্ণ শক্তি অবতার ওইরবা অথোইবা। শ্রীব্যাস মুনিনী মরম

* ব্যাখ্যা॥ পুরান ১৮ অসি সত্ত্বগুনদা চংপা ৬ অমা। রজ গুনদা চংপা ৬ অমা। তম গুনদা চংপা ৬ অমা। মাংদি মাৎস্য পুরান, কূর্ম পুরান, লিঙ্গ পুরান, শিব পুরান, স্কন্দ পুরান

অসিনা, হে সুকদেব মহাত্মা কৃষ্ণ কংগে হায়রবদা। গৃহ আশ্রমদা লৈরগা মচা থার কন্যা পোক্লগ ঋন শিংদোক্লম্মু আত্মাবু সংস্কার তৌথো পরমাত্মাবু মশক থংথো, বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লৈদুনা শাস্ত্রং স্নান লৈনরগা সাধু সঙ্গ তৌগনী। সাধু মহাত্মাশিংগী পাওতাক লৌদুনা। চংপা অদুবু অচুম্বা লম্বী কৌই। মীওইংনা চংকদবা অচুম্বা লম্বী থংলগা ইমা ইপাগী বিদাই লৌনো বৈরাগ্য ওইরগা কৃষ্ণবু নিংজধ্রবদী। সংসারগী জন্ম মরন মাংহোকথোদুনা, শ্রীকৃষ্ণ কংবা ঙমগনী। সৌতীনা হায়রকই তাবিয়ু হে মুনি সভা। জনক ঋষিগী পাওতাক অসি তারবদা, সুকদেবনা জনক ঋষিগী মফমদা ভকতি তৌদুনা বিদায় লৌজরগা মিথিলা লৈবাকতগী হল্লকই। পনরিকা আশ্রমদা যৌরকদুনা শ্রীব্যাসদেব পিতাবু ুকমজথি। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

---

## অধ্যায়
## শুকদেবনা গৃহাশ্রমদা লৈখিবা বৈরাগ্য ওইবগী

### য়ারী মফাং।

সৌনকনা চিংথা মুনি সভানা, অদুক সৌতিগী মফমদা হংলকই? উগ্রসব্ব সৌতি মহাকনা পিরকপ সুকদেবগী য়ারী অসি তাক্কবদা। মীওইবগী সত্ত জ্ঞান ফংনবগী মশক ওইরবা ॥ অমৃতগা মান্নরব কথানি। তাবগী অপেনবা নাইত্রবা সুকদেবনা কমদৌরকইনগে। মথাগী প্রসঙ্গ অদুক লিয়ো।

---

অগ্নি পুরান, হায়রিবা পুরান তকক অসিনা তমগুনদা চংপনি। ব্রাহ্মাণ্ড পুরান, ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণ মার্কণ্ড, ভবিষদ পূরাণ, বামন পুরাণ, বায়ুবা পুরাণ, হায়রিবা পুরাণ তকক অসিনা রজগুনদা চংপনি। গরুর পুরাণ পদ্ম পুরাণ নারদ পুরাণ, বরাহ পুরাণ, শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণা হায়রিবা অসিনা সত্ত গুণদা চংপনি। অসিগুম্বা পুরানশিং অসিবু বেদদগী লৌথোকদুনা জগৎনা থংনবা হায়দুনা শক্ত্যা বেস ব্যাসদেবনা লেংখী ( অসিবু জনক ঋষিনা শুকবু ব্যাস মপাগী গুণ খংননা হায়খি অমুঙ্গু দেবীভাগবতনা হায়রি)।

---

* ব্যাখ্যা | শুকদেবনা ব্রহ্মলক্ত চংখিব অসী, দেব লক, গন্ধর্ব্বলক, নরলক, থৈবঙ্গী ব্রহ্মলক্তা মায়াগী মথা পোন্দে। লক অতৈ অসিনা মায়ানা পান্নি, মরম অসি উবদগী সুকদেবনা মায়াগী ঈপাক অসি লাংম্বাক্লগা সত্ত ওইবা মফমদা লৈরগা বৈরাগ্য বিদাদা লেপলবা। সুকনা রাধা কৃষ্ণগী ভকতি প্রেমদ থম্মোইনা লুপচদুনা। ভকতি প্রেমগী গুরু, দেব ঋষি নারদগী লৈকা ব্রহ্মলকতা। গুরুগী অনগা ওইদুনা রাধা কৃষ্ণবু নিংজদুনা লৈবনি ইতি।

শোত্তিন্দা হায়রকই তাবীরু ব্রহ্মণ মহাত্মাশিং। ব্যাসনা মচা শুকবু কোল্লহুনা হায়রকই? ইবুঙো ইচানা মিথিলা লৈবাক্কী নিংথৌ, জনক ঋষিগী পাওতাক লৌরুরবরা। হৌজিক ইচানা করি অমুক থল্লিবগে, ইপানা হায়বা ইল্লগদরা। ইপাদা হাথযু অমুন্না হায়রকই। ব্যাস পিতাগী য়াথং ভারবদা, শুকদেব মচানা হায়জরকই, হে-পিতো নচানা জনক ঋষিগী মফমদগী পাওতাক কয়া ফংজরুবদগী, গুরু অগ্যা; ভাকচবনা নচাগী মঙ্গল ওইরনি নিংজবে। মরম অসিনা গৃহাশ্রমদা লৈজহুনা, ঈমা ইপাগী সেবা তৌজরগে, অমসুং ঈমা ইপা অনিগী বিদায ফংজরবা মতমদা? কোয়া বৈরাগ্য ওইজহুনা কৃষ্ণ ভক্তিবু তাঞ্জরগে। ব্যাস শুক মচাগী পুকচেন হোংডকপা অসিদা, মুত্তাইবগী ঈপাক্তা তাওজবে; ব্রাহ্মনীসু ওমথৈ লৈজনা হরাওজরে। অসিগী তুংদা বৈথান আশ্রমদা লৈবা, পিতৃন কৌবা ব্রাহ্মনগী মচাস্বপী, (পীরবী কৌবী) কন্য হায়হুনা; শুকদেব মচাবু লুহোংলে। ব্যাসগী ঠাকুরনী, মচাগী মমৌবু ফংজরবদা। থাইইজরে। মতৌ অমুয়া শুকদেব গৃহী ধর্ম্মদা লৈহুনা, মচা নিপা ৪ মুপী ১ পোক্লে। মচাশিংগী মমিংনা ১। কৃষ্ণদেব, ২। গৌরপ্রভূ, ৩। ভূরিদেব, দেবক্রুত, কৌই। মচাস্বপীগী মমিংনা কিৰ্তিনী কৌই। শুকদেব মতম থেবিক্কা মাতা পিতাগী লেম্নবা সেবা লাংহ? মচাশিংবসু লুনা চাম্না য়োকই, মচা চাওরক্লবদা বিদ্যা আরম্ভা কৌহুনা। বেদ, শাস্ত্র তম্বীহুনা চংথোম্না তৈহল্লী। মচানিপা মরিমক মতম চানা চানা লুহোংবিরে, মচা কন্যা অমমিক চাবা বোর য়েংহুনা দান তৌরে মচাগী লমন্ লোইরে। ঋণ পুম্নক শিংদোকপা লোইরবদা। মাতা পিতাগী, বিদায় নিহুনা লৌজরে। শংসার থাদোকহুনা মচাশিংবু বিদায় তৌরম্লগা বৈরাগ্য ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি প্রেমদা পুকনিং লেপথরে। অংদগী যোগ শক্তিনা ব্রহ্মলকতা চংখরে শ্রীব্যাসহুনি মচা শুকদেববু উদবদা।

মচা কুংশিবগী মৈচাকনা য়াথবদগী, মচাবু কোংনা খোঞ্জেন য়াংনা তেংথাহুনা কপই। মুনি মচা হঙ্কলরোই থল্লবদাঃ— থাংবা ঙমদহুনা, পৃথিবীদা হাইথরগা দুর্বা ওইংবে। অমসুং ব্রাহ্মণী মচাগী মুংশিবা মৈচাক্না; মচাবু কোহুনা কপলগা, লৈপাক্তা ওয়োইহনা লেথরে। ব্রহ্মণ ব্রাহ্মণ চাথা থকপা থাদোক্লুনা! অহিং মুংখিল য়ানা লৈথী অনাগী অরাবসী উবদা? শ্রীভগবান মহাদেবকৈলাসদগী লেংকুনা, মুনিগী আশ্রমদা থুংডরে। ব্যাস অমসুং শুকণী অনিনা; মচাগী মৈনা য়াম্লীবগা উবর্দা? গৌরী নাথনা খোজানগী য়াগায়না তাকপীরবই। হে ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ মখোয় অনি মক হৌগৎলু? করি মরমগী চাদ তকতনা, পৃথিবীদা ওয়োইনা লৈরিবনো। নখোইনা অপাম্বা বোর নিজো; ঐনা সোইদনা নখোই অনিগী অপাম্বা পিগনি। সিববু দরশন ফংবদা, কয়ামরুম লৈশি লৈথোঞ্জহুনা। থুকমজরগা হায়জে। হে-দেব দেব, ইচা শুকদেবনা ঐখোইবু হুঞ্জেকলম্লগা। ব্রহ্মলক্তা চংখরে? ইচাগী মায়খোংবু উত্রবদা। হিংহুনা লৈবা মওগনি নিংদরে। প্রভুনা ইচাবু উহনবিয়ু অসী হায়হুনা বোর নিরকই। অনিগী ভক্তিদা পেল্লহুনা শম্ভু; ব্রাহ্মণী

ব্রহ্মণগী, অরাবা কোকপীগে হায়না; থৌজানবীহনা হায়রকই। হৌজিক ঐনা নচা শুকবু পীগনি? য়াকগম অসী হায়রগনা শ্রীনীলকন্থনা ব্রহ্মলকতা লৈখ্রবা। শুকদেববু আবাহন তৌরকই। মতম অদুদা ব্রহ্মলকতগী শুক থুডথী? শুকদেব সদাশিববু খুরুমজে, অদুগী তুংদা ব্যাস পিতাবু খুরুম্মী, মুনি মচাবু উবদা চেৎনা কোল্লগা, লাইপক্তা হন্না চুপ্পী। অদুগী তুংদা শুক; মমাবু খুরুমথি? ব্রাহ্মণী মচাবু কৌশিন্দুনা লাইপক্ত হন্না হন্না চুপলগা। হিক হিক কপ্পুনা হায়রকই। হে-শুক ইচাদি ঈমাগী থরাইদগী, হেন্না লুনা নিংজবা ইচানা। মরম অসিনা নঙ্গি নশকপু উত্রবদা? ঈমাদি থরাই হেক থাগদৌই? নংনমা নপাবু হুন্দোক্লুনা চংখিবনা, ঐখোয়দী শিবা, শোইরোই ইচাদী শোইদনা মমা; মপা, হাৎপগী পাপ্পু ফংলগনি? শুক মংনা ঐখোইবু থাদোক্লু। অসী হায়রগনা ব্রাহ্মণী মচাবু চেৎনা কোন্দুনা লৈখ্রে। মতম অদুদা ভুতনাথনা শুকগী মকমদা হায়খী? হে-শুকদেব নংদী নমা নপা অনাবু থক থাদোক্লু অসি হায়রগা, * শুকদেবগী হৈকচাংদগী? অহৈডগী তেনরাগী শক্তি অদু, লোখোকহুনা পুরগা, সিব সম্ভু কৈলাশদা লেংথরে। অদুগী তুংদা শুকদেবনা, পিতা মাতগী মকমদা হায়রকই! নচাদি ইমা ইপাবু থক থাদোকচরোই? লৈবদদী ব্রহ্মলক্তা লৈজগে। ঐবু হেক নিশিংবিরকপগা। ঈমা ইপাগী নাক্তা থুংজরগে, য়া অসি হায়রগা মমা, মপা অনিবু থুরুমলগা। ব্রহ্মলক্তা চংখী। শৌনকনা হায় সৌতি, শুক চংখ্রগ কমদৌরী, সৌতিনা হায়জে শ্রীব্যাস মুনিন; অমদুং ব্রহ্মানা, মচা সুকদেববু হেক নিংশিংবগা মতম থুদিংদা, * মমা মপাগী মকমদা থুডথি? মতাং অসিদা শ্রীসুকদেবগী; জিবন চরিতকী য়ারী লোইরে। অসিগুম্বা শুকগী চরিত অসিবু মীওইবনা পুকনিং চংনা তাজবদা। মচা ময়ন ভক্তি ফাই, অদুগী মতমদা ভব মাগরবু লাইনা লাম্বোকখিহনা। হরি ধাম

---

* টিকা— শুকদেবগী অংশদগী তেনরাগী শক্তি লোখোক্লুনা শিবনা কৈলাশদা পুখি। কলিশেষদা কলকি ভগবান অবতার মতমদা পরশুরাম তাক্লুনা কৈলাশদগী তেনরা অসিবু মহাদেবদগী নিরুহুনা। কলকিভগবানা লৌরুবগা ম্লেছাচার মুংথংনবা হোংনবদা। মতেং ওইনা কলিক ভগবাননা লোইনখিবা কল্কি পুরানদা য়াওরিবা তেনরা অদুনি অদুম্না শিবসংহিনানা হায়রি। ইতি শিবসংহিতা বাক্যম্ ॥

* টিকা— মহাদেবনা ব্যাস মুনিগী অরাবা কোরুনবগীদমক শায়া শুকদেব অমা সেমদুনা থকখী অদুনা ব্যাসগা শায়া শুক অসি ইত্তনা লোইনহনা লৈ হায়বনু দেবী ভাগবতনা হায়রি। ইতি দেবী ভাগবত বাক্যম্ ॥

কংই। মাসিবু শ্রীব্যাসদেবনা হায়ৱমলবা য়াথংনি? লায়না হায়বগা মান্নরবা ৱানি মহাভারত আদি পর্ব্বগী কথা অসী অমৃতগী মশক্তি ইতি শুক চরিত্র সমাপ্ত:॥ শ্রীশুকদেব গী জিবন চরিত্র অসিবু তোল্লবা শ্রীহারদাস সিংহনা ঈমা লোন্দা হঞ্জবসি ৺শ্রীলাইশ্রম গোকুল সিংহ কথাবাচক পাণ্ডিতনা লেংবিরকপা ওবাগী সেবা ভৌঞ্জবনী। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

অথ্য:

## জরৎকারু মুনিগা ৱারী মতাং অমস্তুং জরৎকারী লুহোংবা

ৱারঃ মতাং।

নৈমিষা কৌবা বনদা ৱারী তারিবা, শৌনকনচিংবা মুনি ময়াম্না সৌতিগী মফমদা হংলকই সৌতি মহাত্মা লিরকপা ৱারী তাবদা। ঐখোয়গী মপোক অসী? মহৈ য়াম্লনি নিংলে। হৌ-ঝিক জরৎকারু মুনিগী ৱারী ঐখোয়না, তাজনিংই মথংশিংনা লিয়ু। সৌতিনা হায়ৈজ তাবিয়ু মহাত্মাশিং? জটাচর্ব্ব বংশদা পোকপা জরৎকারু কৌবা মুনি অসী? ব্রহ্মচারিনী। চাবা থকপা থাদোকহুনা, লাইনিংবদা কল্লব, মতীক চাওরবা মুনিনী। মতম অমদা তপ থাদো ক্লনা জগৎকরু তীর্থ পুম্নমক কোইরকই। নোংমদী বন অমগী মনুংদা অশুম লাকপদা লুরবা ঈশিং তুদবা গুহা অমগী মনুংদা চরোংকা মড়া অমা শাংনা হায়থহুনা লৈ গুহাগী মপানদা হোবা চরোং পামবীগী মড়ানী। মড়া অদুদা পিতৃলক ময়াম য়ান্দুনা লৈ। মাহুং উচা অচোবা অমনা চরোং পামবী অদুগী মরু লেমফু অদুবু। চিকথংলী। খোদো অসি জরৎকারু মুনিনা লাকপদা উকরে, অদু উবদা জরৎকারুনা লেপুনা য়েংলগা। হায়রইই? চরোং মরাদা য়াল্লিবা নখোয় ময়াম তারো মখোইনা য়াল্লিবা মড়া অদুগী পাম্বী লেমফুদা, উচী অচোবা অমনা চিকথংসি। মহনা তৎথরক্লবদী নখোয় ময়াম গুহা মনুংদা লোইনা তাথরগনী। মরম করিগী নখোইনা; অহক ৱানা য়ান্দুনা লৈরিবনো? অমস্তুং চিকলিবা উচী অদুবু নখোয়না উপ্রিব্রা। তৌরিবা অদুগী মওং থংদহুনা অস্তুম্না হায়রকপা মুনিগী ৱা অসী তাবদা? য়াল্লিবা পিপৃলকশিংনা হায়রকই। হে-মুনি ঐখোই য়াল্লিবা অসি দণ্ডিনী। চিকলিব উচী অসিনা কাল কৌবা লাইনি। ঐখোয়না লাইন্নবাক কংলবা পিতৃলকনী। ধর্ম্ম কৌবা পাপ পুনা ৱারেল্লিবা লাইনা। ঐখোয়বু দণ্ডি পীরিবনি। মড়া অসিনা তৃংথরকপা মতমদা। ঐখোয়না কাথংপা ডমলরোইদবা লুরবা গুহা মনুং অসিদা অরাবা তাহুনা লৈগদৌরিবনী। পিতৃলককি ৱা অসি তাবদা। জরৎকারুনা হায়রকই। ঐসে

জপ তৌরদা মরুবা, জগৎতা খংনরবা মুনিনী। ঐগী লাইনিংবগী পুন্য অহু থব থাবরগে নখোইগী অবাবা অহু কোরুবা। ঐ য়েংবা মুংঙাইতে। মুনিগী রা তারদা পিতৃলক্না হায়রকই হে মুনি ঐখোয়সু যজ্ঞ, যাগ্য, তপ, জপ, কয়া তৌজরকপগী পুনানা সর্গ কংলবনী। অদুবু ঐখোয়গী দণ্ডী অসিদা, লাইনিংবগী পুন্যনা কোকপা য়াবা নত্তে। নগাক্না পুনা থাংবনা ঐখোয়গী অরাবা কোকপা য়ারোই। রাহায় অসি তাবদা মুনিনা হংলকই করি তৌরকপা পাপনা অসুক কনবা দণ্ডি অসি ফংলিবনো। পিতৃলকনা হায়; ঐখোয় অসী জটাচর্ব্ব বংশদা পোকপনী। ঐখোয়গী বংশদা জরৎকারু কৌবা মুর্খ অমা ধারা পাক্তনা বংশ মুৎলে? মবম অদুদগী ঐখোয় অসুক অরাবা দণ্ডী ফংলিবনী। পিতৃলককী রা অসি তাবদা, জরৎকারুনা ভক্তি তৌদুনা হায়জরকই, হে পিতৃলক পুম্নমক তাবিয়ু। জরৎকারু হায়বদা, তোল্লবা ননাই ঐহাকনী। পিতৃলকপু উদ্ধার তৌনবা গৃহী ওইদুনা ইচা ধারা পাল্লগে। তৌবদদী ঐ য়ুম লৈতে উর্দ্ধরেত ওইদুনা। ব্রহ্ম চারিদা লাক্লবনিনা ঐবু থাকপা য়োকপা ঙম্বনা, কন্যা দান পিরববা অদুদা, ভিক্ষা লৌবগী মতৌগুম্না। ইচা ধারা পাল্লগে। অনা ভিক্ষা নিবগী মতৌগুম্না অহুমলক্ত লাওগনি। অদুদা পোরকুনা কংলরবা মপী অদু লৌগনী অমসুং ঐগা ইমিং মান্নরবা লৌগনি, ইমিং মান্নরবসু লৌরোই, অসুম্না জরৎকারুনা হায়রকই। রাহয় অসি তাবদা। পিতৃলকশিং অচ য়াম্না হরাওরদুনা অমুক হায়রকই। হে ইবুংো জরৎকারু নংনা য়ুম পাল্লু। মচা পোক্লগা বংশবু রক্ষা তৌ। পিতৃলক উদ্ধার তৌরো। মীওইবনা দান ধর্ম্ম তপ জপ ফনা তৌদুনসু। মচাবু পোকত্রবদী কাল্লেদে। পুণ্য কয়া তানবা লাই কয়া নিংরনসু, পিতৃলক উদ্ধার মমদে, ধারা পাল্লগা ঙম্মী। মরম অসিনা য়ুম পাল্লুরো, গুণ চেনবা নচা অমা সোইদনা ফংলো, অসুমনা বোরগা পোয়ননা পিতৃলকশিংন * হায়রমলগা দণ্ডী পুং লোয়রে জরৎকারুসু পিতৃলক থুরুমলগা, অরাবগা লোইনংনা চৎখরে। নোংমা শোংলক বংগী মসুংদা লৈদুনা যোগ শক্তিনা মরোন অহুম ফাওনা, তানবা লাওরকই। মরোন অহুমগী জীব তায়ো ঐ অসি জরৎকারু কৌব মুনিসুনাং ঐগা ইমিং মান্নবা কন্যাওম্বগী মচা নিঙোল লৈরবদী। পোরকুনা ঐচোন্দা কংলো। পিতৃলক উদ্ধারগীদমক ঐ য়ুম পাল্লগে। অসিগুম্বা রাহায়না, অহুমলক লাওখি। মুনিনা লাওখ্রিবা রাহার অসিবু, নাগলোক্না বাসুকিনচিংবা লিনশিনা তাখী। বাসুকি মচা মনাইশিং পোইনদুনা মচনমপী *জরৎকারুবু

---

* টিকা। পিতৃলকশিংনা নোংমগী য়ুথক অসুক্তি কওয়ারসা ধারা লোহৌরিবা অদুনা কুম্মা পিতৃলোক্কীদমক ধার কংইবদুনা পিণ্ডদান কৎকদরনি অমসুং পিতৃলক্না দণ্ডি ফক্লিব অসি কুম্মদগী লোই।

* টিকা। জরৎকারী কৌবী লিননিঙোল অসি, মণিঙওবা সুরসা কৌরবী। মচা লিপা লিন ৮.পোকই। অদুনা বাবু নাগ মাতা হায়না খংনৈ, যুগ যুগকী শাগোন য়াম্না ওয়ুরুবীনী।

পুত্থনা মুনিগী মকমদা থুগুরে। নাগমারাগী শক্তিনা লাকপনিনা, মীংকুপ অমা অনিগী মরুপ্তা রোরকপনি? মুনিবু খুক্ষমজরগা, বাসুকীনা হায়রম্বকই? হে মুনি ঐগী ঊচন মুপীঅসী মমিং জরৎকারী কৌই? মুনিগী চন্দা কচ্যগে? মুনিনা পানিগ্রহ ওইবীরু। বাসুকীগী মা তারগা মহামুনিনা হায়রকই, ঐদি ইরুম লৈত্তে? মচন পীগে হায়রবদী ঐবুন্দু থাকতুনা পেম্নবা সেবা তৌ। অদুগা মচন অসিনা ঐগোন্দা। মা অমত্তা হায়রোইদবনী? ইনিং তম্না লৈগনী। মামা ঐগোন্দা লেপ্পু মা হায়রবদা! ঐনা মাবু থাদোক্রমগনী? মাসীবু তমগনি হায়রবদি মচন্দুবু ঐ দান লোগনী। বাসুকিনা করে মুনিগী নিংবা থুংনবা সেবা তৌজগনী, মা অসী হায়রুনা মচনবু মুনিদা কন্যা দান কংখরে। নাগলোক্তা মুনিবু লেংখথীহুনা, সনা সজাইদা মুনিবু লেংশিন্দুনা, মুংডাইনা সেবা তৌহুনা থমথরে। বাসুকীনা মচন্দা চেকশিন্না শিরে? ইবেম্মা মুনিবু ভক্তিগা লোয়নননা সেবা চংখোম্না তৌগদবনী। মুনিগী ঊরবদগী নংন্দা নচা অমা পোক্লগা! ঐখোয় লিনগী শাগে অসি ঈমাগী শাপ্তগী হিংগদৌরিবনী। অম্মা হায়হুনা লিন পুমনমক তাকতুনা মচনদু? মুনিবুসু? লাইগুমনা মনিং থুংনবা সেবা তৌই জরৎকারী ঋতু মত্তী ওইরকতুনা মুনিনা ঋতু পালন তৌথী মুনিগী ঊরশদগী, নাগীনি গর্ভগী লক্ষন ওইখরে। অদুগী তুংদা নোংমদি মুনিনা জরৎকারীগী কৈবোমদা মোন থাংলগা তুমখরে? নুংথিলগী পুং হৌথিহুনা নুমিৎ তাবা সন্ধ্যা মতম ওইরকলে। জরৎকারী, মুনিগী সন্ধ্যা ভোজন কাইগদবগী থল্লুবদা অরাবা ওইরক্লহন। হৌদোকল্লুরে মুনিনা হুন্দোকতুনা চংথিগজ্রা হৌদোকজ্রে মুনিগী সন্ধ্যা কাইবগী দোষ কগজ্রা অসি খল্লিতুদা সন্ধ্যা কৌবা লাইদো। মানা পুবা পুংলোইরক্রনা অরাং পাংনা চংথিবা অদুবু নাগীনিনা উরে। অদুবু উবদা মুনিগী ধর্ম্ম ঙাকপনা চুমগজ্রা + খন্দুনা। মুনিবু হৌদোকচরক্লে মুনি নেব লেংথৎপীরো সন্ধ্যা কৌবা লাই মানা পুবা পুং লোইথিহুনা চংখরে। মুনি ভজন কাইথরবদী, ব্রাহ্মণগী ধর্ম্ম মাংলগনি। রাসী হায়হুনা হৌদোকপদা মুনি তুম্বা কাইহুনা হৌগংলক্লে। মুনি মমিং অনিহু কোরিগুম ঙাংলগা হায়রকই। হে নাগিনী নংনা ঐগী রাথং হিক্তোকতুনা নংনা ঐবু হৌদোকপদি করিগীনো ঐ অসী ব্রাহ্মণী হায়বা কাওরব্রা। মুনিগী অশাওবা উবদা নাগীনী খুৎ লোয়জহনা হায়জে। সন্ধ্যাদা চংথরবহুদা ধর্ম্ম মাংলগজ্রা কিবদগী মরাই থোরবীনা হৌদোকচবনী, মা অসি তাবদা মুনিনা হা সন্ধ্যা হায়রণা কৌরক্লে। মুনিবু

---

হুনকী শারোন্দা জরৎকারু মুনিগী সেবা তৌহুনা. অস্তিক মুনি পোকতুনা জন্মেজয়গী যজ্ঞদা মরাগী শাংলতী লোকনা শিরগদবগী জন্মেজয়গী যজ্ঞ থাওহনা লিনগী শাগেবু কনগ্রিবা অসিনী পুরুগী নাগ মাচাদা পোকপগী অর্থোমনাখগী থৌমলিবা লিক নিশান অনিমী। অদুরনা তম্না হায়রি।

কিবদগী সন্ধ্যা খুৎক অহুন লাকহুনা মুনিগী মাংদা ! চো থোক্লরে ? শদ্ধা য়েংহুনা মুনিনা হায় সন্ধ্যা নংনা ঐবু জাকলমদনা চংথি হায়বদি, জরৎকারু ঐ তুম্বী হায়বসি ন না উংমহবনর। ঐনা সন্ধ্যা ভজন তৌত্রিডৈদা নংনা চংলিবা করিগীনো মুনিবু কিবদ ? ঐ চচ্চ:দ মুনিবু ডাইজরিবনী হায়না খুদথি ? মুনি সন্ধ্যা ভজন তৌখরে। অহুগী তুংদা মুনিনা হায়রকই। হে নাগিনী ঐনা ন ম শোত্রিডৈদা সন্ধ্যা চংখিবা হৌনদবনি ? অহুবু নংনা হায়নখিবা য়াথং ডাকত্রবনিনা ? ঐদি সত্য কাইবা য়াদে, হৌজিক্তি নং লৈজহৌরো ঐদী চংলগে। মুনিগী রা তাবদা জরৎকারী কোকথক্তা বজ্র তাবগুম রাজথরহুনা। থুং অনি লোয়হুনা, ভক্তি তৌনা কপতুনা হায়রকথী। মুনিদেব তোল্লবী ননাইনা খণ্ডজদহুনা অপরাধ লংজখিবা ডাকপিয়ু। ঐবু ইবুংশিংনা শিন্নহুনা মুনিগী সেবা তৌগবদী ॥ মুনি নংগী ঔরসতগী ইচা নিপা অমতং পোকলগা ? লিনগী শাগেবু মাতৃশাপ্তগী কন্নবগীনী। মরম অহুদগী বাসুকী নাগরাজ ইবুংনা মুনিবু লাইগুম নিংজহুনা ঐবু দান তৌরগা চেকশিন্না শিন্নহুনা ঐনা সেবা তৌজবনী। হৌজিক ঐদী ইচাগু পোকপ্রী মুনীনা লেংবাথরবনা, ইবুংশিংগী খুৎক্তা ঐসু প্রান থারগনি। অসী হায়হুনা কপচরকই। মুনি জরৎকারাগী মতৌ উবদা য়ুংশিবিহুনা গর্ভদা মুনিগী য়েংথংবা থুংনা নাল্লগা তবঙ্গশা অস্তি ২ অসুম হায়হুনা বোর পীরকলে। মুনিনা হায়রকই হে—প্রিয়ে নংগী গর্ভদগী গুণ চেল্লবা নচা নিপা অমা পোকচরো। ইচা অহুনা নঙ্গি য়াক্তী শাগে অনীমক। উদ্ধার তৌরশনু। অসি হায়রমলগা জরৎকারু মুনি চংথরে। নোংডাল্লবদা মুনি চংথরে হায়বা তাবদা। বাসুকীনচিংবা লিন ময়ামনা কারন হংলকই। জরৎকারানা প্রশঙ্গ পুমনমক তমহুনা মংংশিংবু থেমভিথী মচনবু মপান থোকহল্লনা। ময়ামনা সেবা তৌহুনা লুনা থমখিবনা গর্ভস্থ থ: তরা শুরকহুনা গুণ চেল্লবা নিপ অমা পোকচরে ! মগী অহুগী তেজনা তুমিৎ থোকলকপগী মতৌগুমই। মুনিগী মচাহুগী মমিংনা মুনিনা নানবিব: মতমদা অস্তিক ২হায়না বোর পীথি হায়বদগীমমিং অস্তিক থোল্লি অস্তিক মচাবু পিতা জরৎকাক লাকতুনা বেদ শাস্ত্র তম্বীহুন হৈহনথী শংস্কার দিক্ষা তৌথি। তপ য়ামনা কল্লী, বাক্যনা প্রসিদ্ধ ওইরবা অথোইবা ব্রাহ্মণগী মতিক চাওরবা গুননা লৈংেংবা মুনি অমা ওইখরে মাতুল লিনশিংনা অস্তিক মুনিগী মফমদা হাযথ। হে অস্তিক নহাক্রা ঐথোইবু থাদোকগীগনু মতম পুমনকক্তা ঈমাগী শাপ লৈবনা জন্মেজয়গী যজ্ঞদ লাগ বংশ তুমগনী কিবনা ॥ অরাবগী সমুদ্রদা লুপতুনা লৈবনা। নংনা ঐথোয় লিনগী শাগে করবিয়ু। মাতুল লিনশিংগী ভক্তিদা পেল্লহুনা অস্তিকনা হায়রকই। মামশিংবু জন্মেজয়গী যজ্ঞদা থোয়দনা শিরগনি ? হায়না নিংথিরুগনু। গুরুগী কৃপানা ঐনা সোয়দনা মাতৃশাপ্তগী মাঙলিন শিংবু কনবা ওমগনী, বাবিরুগনু। অসুমনা লিনগী শাগেবু য়ুংডাইহল্লুনা নাগলোক অস্তিক মুনি জন্মেজয়গী যজ্ঞ ডাইহল্লা লৈথি। অসিগুমবা অস্তিক পোকপা জরৎকারু মুনিগী য়ারা অসিবু পুক্লিং চংনা তাজবদা খীওইবনা মচা কংই, মরনগু চাওথংলি যমগী যাতনা কোকই, অসুমনা শ্রীব্যাসদেবন লেংথরবা ভারতকী য়ারীনি ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

## অধ্যায়

## জন্মেজয়না বপুষ্টমা লুহোংবা শৃঙ্গ মুনিগী শাপ ফংবগী

রাগী মতাং।

শৌনকনচিংবা মুনি ময়ামনা হংলকই? হে সৌতি জন্মেজয় নিংথৌনা বপুষ্টমা লুহোংবা। হস্তি-নাপী সাসন্না কমদোঙগে শুগাইমা লিয়ু। সৌতিনা হায়রক্কে তাবিয়ু ব্রাহ্মণ পুন্নমক? কৃপাচার্য্য-দা তমহুনা বেদ শাস্ত্র, অমসুং ধনুর্বিদ্যা, মতিক চানা হৈরবা, জন্মেজয় নিংথৌনি। প্রতাপ চাও-বদা পিতা পরিক্ষিতকী মতৌ শুম্মী? প্রজা সাসন্দা মথৌ যুধিষ্টিব শুম্মী? দান লৈবদা কর্ণগী পান্দমগুম্মী অমুম্মা চহি তরেৎতগী, নিংথৌ ওইহনা পাল্লকপনা, চহি ১৫গী বয়স ওইরকপা মতম অসিদা নোংমা হস্তিনা রাজ সভাদা, বেদ ব্যাস মুনি থুংলরে? ব্যাস মুনিগী চরন্দা নিংথৌ দণ্ডবত ভক্তি কংলী মথুংমক্তা সনাগী আসন থাই? মুনিগী চরন শেংই, বজ্রি চমথৎতুনা পূজা কংলী? ছন্দেছ য়ানুব কচ্চরে। ব্যাস মুনি জন্মেজয়গী সেবাদা, পেন্নহনা রা হায়রকই, জন্মেজয় আসন্দা ফমজরো, নঙ্গি শেংবাদা ঐসু পেল্লে। হৌজিক ঐনা নঙোন্দা রা অমা তাকে লাকপনি? মুনিগী বাক্য ফলবদা, জন্মেজয় আসন্দা ফম্লে। পাত্র মন্ত্রি সভানা মুনিবু ভক্তি কংলগা ফমরে, ব্যাস মুনিনা হায়রকই? হে-নিংথৌ ওসিদগী ৭নি শুদা, নুমিংকা অমুক যুধক্তা মতমদা। সনাগা ভাগু কাং ৪ না চবা। সনাগী রথ মণিনা থাম্বা, পুক্রিং হুনা ফজরবা অমা, নঙ্গি নোপোকী হোজংদা থুংলগনি। রথ অদু য়েংডু, পাম্মু, লৌশিনলুরবদী বথ অদুগী হাক্তগী মহারাজ দযা অমা লাকদৌরি। তাক লাকপনি, মাশি মন্ত্রিশিংসু চেকশিল্লু দেব মায়াগী বথনি, হৌজিক ঐসু চল্লগে। রাহায় অসি য়ায়রমগা, মুনি অন্তর্ধ্যান ওইখিহনা, বদরিকাশ্রম চৌখরে। অমুম্মা নোংম নোংমগী হৌখিদুনা। নুমিং ৭নী শুথরে। অমুক অওমবগী দরবার ফমহুনা, কাব ওইরগবা। থরহম লে। যুধক্তী মতম অদু কাইদনা, মায় রথ অদু থুংডরে, রথ অদু থাহুন লৈরে বথ লাকপগী ধনী তাবদা দরবার সভা তুমিন তুমিন কৃষ্ণ শ্মরন তৌনা লৈনৈ। দরবার কারকপা মীনা পাও মথং মথং নিংথৌদা তম্মী রথগী ফজবা পাও তাবদা, মশক য়েংনি বন নিংথৌ ফম্বা য়ারকত্রে। পাত্র মন্ত্রি য়েংহনা হায়রকই। রথ অসি লৌশিনব্রবদী দয লৈরোই তুংদা রারিমবা, য়েংবদদী য়েংহৌকসি নিংথৌগী রা তাবদা, মন্ত্রি অহল্লোমা থাম্মী, মন্ত্রি নহামবৈনা য়েংহৌসি হায়হনা। জন্মেজয় নিংথৌ থাকখিহনা, মহারোলশিংগা য়েংডুরে। রথদু পুক্রিং হুনা ফজে পাম্বা, পামহনা য়েংই, লৌশিন-নিংই, নিংথৌনা হায় সনাগী রথ অসী মমন নাইরবা পোংনি লৌশিনগত্র লৌশিনলোহুত্রা হংলক্লে। মহারোল মন্ত্রিশিংনা হায়রক্লে, মহারাজ কওমত্রবা রথনি, লৌশিনসি অপাইবা রথ অসিগী

হাত্তক্লা জগৎ কাওরগদবনি, ব্রাহ্মণগী মরাসি থরন্থু মরৌসি, অরাম্বদী লৌদবনবু ফগদৌরি। রাসী হায়নহুনা রথ পুশিনগ্রে ? কশিগী প্রভাবনা কন্দুনা, অহলশিংনা থাম্বা রাখিরে; নিংথৌনা মরাম-দা হায়থি, হৃয়েংদি ওস্তানা শাজি স্তান্নুসি, রথগী মগুণ য়েংশি। হায়নহুনা দরবার কুমথরে। লোং-ভালবদা চাবা থকপা লোইনরে, শারথীনা রথ অহু কাওও মরি জুরিরে, খুন্থ খুংলাই লোইননা জন্মেজয় রথ তোংলে মীয়াম লোইনহুনা রথ থোদোকলক্লে। মপান কাওজৈবুং য়ৌরকপদগী কাওতা মরিহু খুজ্জি ফাবা য়াদহুনা; অতিয়াদা রাংনা পাইথংখিহুনা থা পানো পুগ্রে। প্রজাশিং করি ওইগদবা থন্দুনা রানা লৈগৌরে ? পাইখ্রিবা রথ অহু কাশী লৈপাকী, সোগোর কাংজৈবুংদা। মরনাই তাখরে। জন্মেজয়না সারথীদা হংই, ইপু সারথী মাসি কনানা পানবা কোন্নুংনো য়াগ্রা ফজৈ মীদি লৈবা উদে, করিননো। সারথীনা হায়জৈ, মহারাজ মাসা হুবর্ণবর্ম্ম কৌবা, নিং-থৌনা পামবা কাশী লৈবাক্রি ? মমাংভৈদগু নপুংথৌ পাওবশিংগা ভাইশেল ওইনরকই। লেওশিন-নুরগা অরেম্বা থওগনি। অসি হায়নহুনা কাওও মরি লোথোক্লে ? উচুক ফেংনা পুনশিন্নমলগা॥ সারথীগা নিংথৌগা কোন্নুং তমনা চংখ্রে। মী অমত্তা লৈবা উদে, কোন্নুং মন্নুংদা কজরবী কন্যা অমা কপ্পুনা লৈরম্মী ? অহুবু উরগা চিংবরদুনা য়েওতী। জন্মেজয় নিংথৌনা চংশিন্দুনা, কন্যাগী মফম-দা নিংথিবা রাহৈনা হংলকই ? হে-কন্যা কোন্নুং অসী মী অমত্তা লৈবসু উদে, মপী মচা নতোম-দা কপ্পুনা লৈরিবা অসিব করিগীনো হায়য়ু, ঐ হস্তিনাগী নিংথৌ জন্মেজয়নি। নিংথৌগী রাসী তাবদা, কন্যানা থুকমজহুনা আসন থারগা, লোল্লুকপা রাহায়না হায়জরকই। মহারাজনা কপাবী, ঐগী ইমিংনা বপুষ্টমা কৌই ওরাং অয়ুক অওনবদা; * দুর্ব্বাসা মুনি ইপাগী কোন্নুংদা লেংশিল্লকই ঐদী মাতুলনা চাকৌংনা চচ্চরুই. মামাগীদা অহিং লেকলপা ওসি অয়ুক হল্লকপদা! ইপা ইমা পুরব সি অমত্তা লৈরমগ্রে। সোহবগী প্রজাসু কিনহুনা অমত্তা চংখিরকগ্রে ? মরম অসিগী মাইগৈ থংগ্র হুনা, অরাবগী ঈপাক্লা তাহুনা লৈজরবনি। করিগুম্বা মুনিগী শাপ্তগী, ঈমা ইপা পুরবাশি তুমথীব ওইরমগগ্রা নিংই। কন্যাগী রা তাবদা নিংথৌনা হায় ইবেম্মা লাংগী লোংদমনা থোকপ্রবনি

---

* ব্যাখা— দুর্ব্বাসা মুনিবু স্বর্ণবর্ম্ম নিংথৌনা, ব্রহ্মভজন কৎতুনা সেবারিশিংদা শিন্নহুন অতিথী ঘোরদা অহিং পোথাহুনা লৈবদগী অমুক্তা য়াহৌরকপদা সেবারি অমত্তা লৈরমগ্রে। মুনিং কৌবদা অমত্তা তাহৌদনা লাকয়ে অহুদা মুনি শাওবনা মৈহৌহুনা অকনবা ব্রহ্ম শাপনা চৈথী হে স্বর্ণবর্ম্ম নিংথৌ ঐবু নংনা সেবা তৌনি হায়হুনা লৈরগা। য়াহৌরকপদা সেবা অমা কাও থনমদবা ? কৌংসু তাদব নিংথৌ নংনা ঐবু উশিন্নবদা। নঙ্গি কোন্নুং অসিগী নংনা ননাই লোইননা মী পুন্নক তুমলো হায়না চৈরকপদা পুরবাসি লোইনা তুমথী দুর্ব্বাসা মহামুনি হনথী, মর অহুদগী কোন্নুং অহুপা মী লোইনা শিথিহুনা মী অমত্তা লৈরমদনী। ইতি।

হৌজিক মাংখ্দগা কাররে এম্ম মাণী হাপখি হস্তিনাগী পাটেশ্বরি ওইরো ? মং মাক চংদুনা কর্মদি হস্তিনাদা পাংথোকখ্রিরদি, অদি তাবদা যপুস্টমা হন্না ওনা রাখরে। জন্মেজয়না নৈপাক অংগী প্রজা-পাত্রমন্ত্রি খোমগৎহুরা ? মিংখৌ অন্না অভিষেক পিরমলগা। যপুষ্টমা পুন্দুনা লোলাই তোংথং-পদা, সনাগী রথ অম্ব কাওও মহীমা পুন্দুনা পাইরকপনা হস্তিনাদা থুডগরে। কাশীরাজগী কর্ম তৌবী, অকবা ভিবী য়েংহুনা যপুষ্টমা লুহোংলে ? পাটেশ্বরী হাপথরে, হস্তিনা প্রজা খুনমক হুর-ভাইমরে। জন্মেজয় নিংথৌ দান কন্না কংলি কুইম্ব তৌই মতম থম্ব নৈরগা মহারাণীগী প্রেমদা লুপখিহুনা ? বালীনা খুহুম চনখিবদগী পাত্র মন্ত্রিদা সাসন পিররগা। মান্না রথ অম্ব তোংহুনা চৎনিং চৎনিংবা মফমদা কোরহুনা মন্দিংতম্না চৎলী হস্তিন্নিংলগা হস্তিন্নী, হস্তিননিংংদে তাকই, অম্না জন্মেজয় রাজনীতি ধর্মনিতি কাইনা। রাণীগা মনিং তম্না কোইহুনা নৈবসি, চহি ১২ শুরে। হস্তিনা দেশ অসী নিংথৌ মহারাণী অমিনা নিতী কাইবদগী ? নোংজু মুংশা চুমদহনা মহৈ মরোং কৎচিন্নবা তবনা, চাক তাংবদগী প্রজা হাহাকার লাওবরে। লাঙ্গনা কন্নানা মীশি মীনা কন্না থোক্লে, প্রজা-মা নিংথৌগী নিংগা তৌনরক্লে। হস্তিনাদা থোকলিবা দথা অসী ? বিভাণ্ডক মুনিগী মচা ঋষি শৃঙ্গনা তাবদা। নিংথৌ মহারাণীবু রাজনিতী তাকপীগে; দেশগী অরাবা কোকপীরগে থম্মুনা, নিং-থৌ মহারাণীনা হস্তিন্নকপা মতম ভাইহুনা নৈরকপনা। রাজ রাণী হস্তিনা কোম্বুংদা হস্তিন্নরক্লে। কোম্বুংদা নৈবা মতমদা যোগ শক্তিনা লেওওক্তুনা, জন্মেজয়গী কোম্বুংদা থুডগরে। জন্মেজয় নিং-থৌনা মুনিগী আসন থারে, পুজা কংলি ভক্তি তৌনা হায়জরকই, মুনি লেংবিরকপবু করি দান কচৌ হাররগে, নিংথৌগী বা তারগা মুনিনা হায়রকই। মহারাজ মহারাণী কোথোকউ, নথোই অনিবু উমনিংহুমা লাকপনি ? বা অসি তাবদা নিংথৌনা রাণী কোথোকই যপুস্টমা ফিজেং নৈতেংহুনা কে মৌনা থোরকই ? থোংজিন কানথোকপদা মুনিগী শক্তি মাইতা মানবা * মচি অনি হোৎবা চি-রোং,কাবিবা অও উবদা নোক্লকই মুনি শুমানা কেজরিবহ উবদা, নোক্লিংহুনা রাণীবু য়েংলগা নোক-লকই, মুনী, রাণী নোকপা পুংলুপ তিররকহুনা প'নোক নোকমিন্নথরবে ? ব্রাহ্মণ, যাপুষ্টমা, অনিগী মতৌ উবদা নিংথৌ শাওখিহুনা মনাকগী সনাগী খুজাই চৈনাইবা অহু পাইথংতুনা ? মুনিগী লাইথকা থারে। মুনি লাইপক চিখোঙ শোকপদা কোক তাওহনা, ভহাক রাঙাংদনা নৈকররগা জ্ঞান তারকপদা চিংখোঙ তংতুনা ঈ তাবয়ে। খুজাইগী ঈশিংহুনা মুনিগী হকচাং পুমনমক চোংলে ? শৃঙ্গ মুনি মৈহোৎশুম শাওরক্তুনা শাপ চৈরকই। হাই হাই অান্ নৈতবা জন্মেজয় নংনা ঐবু নোক-পগা উশিংতে হায়হুনা, চৈনা ঈনম তৎনা য়ৈবদা, ঐসু রাজব্যবহার কাইনা নোকপগী, শাওরোই-দবনি। মজি অওজকল মাওবা খুজাইনা থাবদগী, নাম্মদা মাওরবা ঐগী দেহেবু চোংহলখিবগী দোষনা

* টিকা— হস্তিনাগী অরাবা অসিবু কনবিগে ; হইরহুমা লাকইবা বিভাণ্ডকগী মচা শৃঙ্গ মুনিগী মচি অমি হোৎবসি, নর্ম্মদা তীর্থগী থোংবান্দা তোপ তৌবদা কন্নবা, বিভাণ্ডক কৌবা মুনিনা, চাদ

মতম অমদা মং ব্রাহ্মণ হাংলখিনি। অহুদা খেত য়োগনা অশা পুরমক থুংহ্ ! মহাপাপপী হাক-বিগে তাখো নংনা চক্লা ওইবী মুপী অসিগী রাথন্দা লুপ্তু্না। মানা হায়বদা ইন্দুনো, চহি ১২ বু কোই লংহুনা, রাজধর্ম থাদোকপদগী হত্তিনা নোংচুদহুনা। চক তাংবদগী প্রজা পুরমক্লা মংবু নিন্দা তৌদুনা চৈনম্রে। ঐনা দেবগী অরাবা কোরুবা; মবত্তামিদা পুমা রাজনিতী তাক-পীগে লাকপনি ? মরম অহুনা রাণীবু কৌথোকহনবনি। নদী রাণানা নোকপদি, ঐগী ঈদি হৌবা উরগা নোক্লবনী ? ঐনা নোকপনা, মুপী অসিগী রাথন্দা তাওহুনা; নিংথৌনা ধর্ম থা-দোকপনা লৈপাক রানরিবনী। অরেম্বা মায়াদা তাওহুনা জিবনা রাজবনী খল্লু্বদা নোকপনি। মংনা রাথল কত্তহুনা ঐবু য়েবনী। মূর্খ মঙোন্দবু রাজনিতী ধর্ম তাকপা হৌনদে চৎলে হায়হুনা মুনি হৌগৎতুনা মমায় ওনম্রে। মুনিগী শাপ ক'লবদা কিরকতুনা নিংথৌ মহারানী ২ মক চেন-শিল্লকুনা মুনিগী খোংপায়হুনা। শাপস্তক নিরক্লে। মুনিনা হায় মহারাজ ঐনা নত্তে নংনা লংজবা কর্ম্মনী। মহ তাক্কে তাও ব্যাস মুনিনা হায়বা নংনা ইন্দবহুনা রথ অহ লৌশিল্লু্বদগী খোকপা কর্ম্মনি। মহাপুরুষ ওইবা মীদি মশাগী য়েংদে মীগীদমক্ত ক্ননবা হোৎনবনী। অহুগী দোষনা নখুংনা মতম অমদা ব্রাহ্মণ থা'না ককতুনা হাংলপীনি। মহুদা ঙসি নংন লংজখিবা নরান্দুগী লাইথুংনা নশাপুমখিনি শাপস্তোকতি ব্যাস মুনিনা মতম অহুদা পিশন্নু লাহথুং কোংক্লব

---

থক্কনা অকনবা ঙং তৌবিবা অহ উবদা ইন্দ্রনা কিরক্লংনা মুনিগী তপ থুংহিগে হায়না। মুংশিং কৌবা লাইগা উর্বসী জগায় শাবিণ থাবকথি মুংশিংনা হৈনম লৈনম পুরকতুন, অংতগী মুংশিংনা মুানদা হুমক্লিল্লি। মুংশিংনা হকাংশা য়েবা, মনমনা শো দা শমনখিবা মতমদা, মুনি ধ্যান লেপ্তুনা মমিৎ পাংথোকলকই। মতম অরদা উ শী জগোইশাবী মুনিগী মাংদা অতিয়াদা নেমতক চৎল। মুংশিংনা মফি হুম দাকই মাং উকংদা মুনি বীর্য্য পাত ওইবকই। ওইগী খুংনা বির্য্য অহ য়াবগা লেংাই মথক নাপী মবক্তা ল থংখা। মুনিগী বির্য্য অহ ঋতু মতী ওইবী শক্তী অমোম অমনা শাক্তক চাবদা য়াওখিহুনা গর্ভগী লক্ষণ ওইখা। মুংশিং উবরশীগু হনখি শক্তি অমোম অহ থা তকক গর্ভ মপুং ফাহুন, মী ওইনা পোক্লে। মচাহ উবদা ঐগী য়েকনবা মীবু ঐগী গর্ভদা পোকলে হায়না ! কিবদগী মচাহ হন্দোক্লমলগা শক্তি অমোমহ চেনখী। অতাং অহুনা লৈহৌরে বিভাণ্ডক মুনিনা লাকপদা অতাংহ থেংনরে। ধ্যানা য়েংবদা ঔরস পুত্রনি খংহুনা পুরক লগা, আশ্রমদা লৈরীকী অমুত্তনা য়োকখি। মমা শক্তিগী খব লো শক্তি মাইতা মাল্লি ? শক্তি লাবগী মত্তৌগুমনা মচি অনি হৌই। চহি য়ামলহুনা চিংরোং কাবনা। বাক্যদা প্রসিদ্ধ ওইরম্বন গুণ চাওরবা অথোইবা মুনিনী। ইতি।

মতুংদা, ঐগী বোরদগী নচা থারা ও কংজয়ুনা পাম্লগা। শিরবা মতমদা বৈকুণ্ঠ চংজৌ। অসি হায়রমলগা মুনি আশ্রমদা হনখী। অসিগুম্বা মহাভারত আদিপর্ব্বগী কথা অসি তাজবদা পুন্যগী মশকনী পদ খুদিংদা অমৃতগী ঈচেল ওইরবা শ্রীব্যাস দেবগী য়াথংনি। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

## অধ্যায়

## উত্তঙ্ক উর্দ্দালক সন্তাপন্না লাইরিক তম্বগী সান্দিপানিব্রাহ্মণগী

### য়াম্নীগী মতাং অমা ॥

শৌনকনা চিংবা মুনি ময়াম্না হায়রকই, হে উগ্রশর্ব্বা সৌতি জন্মেজয়না লিনগী যজ্ঞ কমদোনা তৌথিবগে? মহাক্না শুগায়না লিয়ু। সৌতিনা হায়রকই তাবিয়ু মুনিসভা উত্তঙ্ক কৌবা ব্রাহ্মণগী য়াথংদগী জন্মেজয় লিনগী যজ্ঞ তৌথিবনী। শৌনকনা হায়রকই সৌতি ব্রাহ্মণনা লিনবু য়েক্নখিবা করিগীনো। অদুগী য়ারী হায়না লিখো। সৌতিনা হায়জরকই অদুগী মরম লিজরকে অবন্তি কৌবা নগরদা শান্দিপনি কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী বেদ শাস্ত্রবু পারাগা ওইরবা মুনি তম্বীবদস্ত্র য়াম্না কৈ। শান্দিপানিগী মকমদা উর্দ্দালক কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অমা, লাক্লুনা গুরুগী য়ুমদা লাইরিক তম্বা লৈরম্মী? গুরুনা মাবু মণশেলহল্লী চাক্তি পিজদে। থরা লৈরগা গুরুন উর্দ্দালক নংনা করি চাতুনা নং অদুক নোক্তরিবনো গুরু শুমিং হংবা মতুংদা মণবীশিংনা মচাবু মখোম পীথকই। মতম অংদা ঐনা মচাদগী মুম্লগা থকঈ। অসি তাবদা গুরুনা হায়রকই, মগ্নাও ময়াং কংইবসিদি অদুননাদনা, ভসিদগী নং থকলগনু হায়খী থর লৈরগা গুরুনা অমুক হংই। উর্দ্দালক নং করি চাতুনা হিংই শিষ্যনা হায়রি গুরুদেব মগ্না মনশেনবুংদা শজিক চাতুনা লৈরিঙৈদা ভিক্ষা নিরুম্বগা খোংতুনা চাই। গুরুনা হায় নংনা ভিক্ষা তৌরুবদা কংখা বস্তু অদু চাথোকপা য়াদে নিরুবগা মুতিগী পুরকউ। উর্দ্দালক নিতিগী থিগ্নকই। গুরুনা থরা লৈরগা অমুক হংলকই। উর্দ্দালক করিচাহনা লেপ্লি উর্দ্দালকনা হায়রি মধ্যানগী ভিক্ষানা গুরুদা পুজরইব অসিনি। মুমিদাংবাইরম নিরুবগা চাই। গুরুনা হাই মধ্যানগী ভিক্ষানে অমিদাংবাইগী ভিক্ষানে চাবা য়াদে লোইনা পুরকউ? তোকপসু য়াদে, গুরুগী য়াথং ভাকতুনা নোংমগী ভিক্ষা অনিরক্তী চেং পুরকই। চাদবনে ভিক্ষা নিবা চেনবনে, মণ শেনবগী য়াবনে লাম্বনা থাংবা ডম্মজ্জনা। নোংমদি হাওগদবোই নিংতুনা অশোং মতোন থংতুনা চাকবদগী মহীং উদহনা গুহা মমুংদা

তাম্বনা কাথংপা ঙমদহনা লৈরে। হুমিং তারে ঋণরাম কাররে উর্দ্দালকী য়াওবকত্রে? শন্দিপনি ঋণশেলপুংদা লাকহুনা সন্ধ্যা অমমবদা। উর্দ্দালকপু কৌহুনা থিরকলে। গুরুনা কৌরকপা তারহুনা গুহা মপু দা খুমলকই। গুরুনা গুহা মনাক্তা চংঙকহুনা গুহা মমুংদা নং করি তৌরিবগে হংলকই। উর্দ্দালকনা হায়ৈজে গুরুদেব এনা লাম্মনখরগুনা অঙ্গোং মহী থকলুই মনা অনৌবা মতোল থংতুনা চারুই? অদুদগী মীং উদহুনা গুহা মমুংদা তারিবনি কাথংপা ঙমদ্রে। গুরুনা অশ্বিনী কুমারগী বিজমন্ত্র তাকশীগুনা শেল্লগা নানবদা মমি অনিমক উরহুনা কাথংলকলগা গুরুবু খুরুম্মী। গুরু শিষ্য মুমদা হল্লকলে, ব্রাহ্মণীনা অন্নবেঞ্জন লাংংনা কুকদা কংলগা শরণ ওইনা ফংমিন্নখরে। অহিং পোথারে নোংঙাল্লে প্রাতক্রিয়া স্নান লোইরে? সান্দিপনিনা উর্দ্দালকপু চেংনা কোল্লগা লাইপক্তা হন্না হন্না চুপ্লগা বোর পিরক্লে। নঙ্গি পুক্চেল ইপানা য়েংবনি, নং য়ারোগনু ইপানা মঙ্গি, নবুকচেল উবদা পেল্লে। ঙসিদগী হৌহুনা বেদ শাস্ত্র লোইশা হৈজরো উর্দ্দালক গুরু কৃপা ফংলবদা, গুরুদগী বিদায় নিংনা হল্লখী। অতুগী তুংদা শন্তাপন কৌবা ব্রাহ্ম মচা অমম্থ লাক্লুনা সান্দিপনি মুনিদা লাইরিক তমহুনা লৈ। ইঙা থা য়ৌরকুনা নোং চুরকপদা, গুম্বনা সন্তাপল নং ঙসিদী ইপাগী লৌকমদা চংতুনা, লৌরি ঈথোং থিংহুনা, ঈশিং ফাজিল্ল হায়রকচ। গুরুগী য়াথং ফংলবদা য়োংপাক পাইহুনা গুরুগী লবুক্তা চংখ্রে। লৌপুশা লৌরি ঈথোং লোইনা থিংজিল্ল? মকম অমদী ঈরম থোক্লুনা থিংলমিংথাইর তৌরে! মাং থাদোকলমলবদি গুরুগী লৌকম অহ, ঈশিং লোইনা কংখ্রনী থন্দুনা, লৈপাকনা থিংথ য়াদ্রবহুদা মশামকা কৈনা হিপলগা, ঈশিংহু ঙাকতুনা অতম লৈরে। গুরুগী য়াথং ঙাক্লগে থন্দুনা, অয়াবা থাঙগা ঈশিংমা মথক্তা পাথদুনা লৈ' মুশিং তারে হল্লশত্রে? সন্ধ্যা ওইরক্লবদা গুরু থাওমৈ পাইগনা লবুক্তা শন্তাপনবু থিরক্লে। গুরুনা অমম্বদা উক্লে, মুংশা থিহুনা খোংগ্রল য়ানা কৌরকই, মাঠ সন্তাপন্না তাবহুনা! ঐ সিদা ঈশিং ঙাকচরি হায়না খুমলকই। গুরুনা চেংসিল্লকনা য়েংবদা, মথক্তা ঈশিং য়া য়া পাথহুনা, অয়িংবা থাংহুনা য়ানা লৈরমলিবহু উবদা পেনগুহুন হোগংলকউ হায়রক্লে। শন্তাপন হোগংংনা গুরুবু খুরুম্মী সান্দিপান মচাবু পোরক্লে, য়ুম য়োরক্লনা ঈরুক্লগল্লগা, পিজ পিথকপা লোইরবদা। গুরুনা পেন্দুনা বোর পিরে। ঙসিদগী হৌহুনা তম্বা ঙমদবা নাইদনা, সর্ব্ব শাস্ত্র হৈজরে অমুম্মা কুগা হাপ্পিখী গুরু কৃপানা বিদ্যা হৈরে ব্রাহ্মন মচা ময়ুমদা হল্লখি। অতুগী তুংদা উতঙ্ক কৌবা ব্রাহ্মণ মচা ১ অমুক লাক্লুনা সান্দি পনিগী মফমদা লাইরিক তমলে, সান্দি পনিবু নিংশৌ অমগী যজ্ঞগী বার্ত্তগলাক্লুনা, যজ্ঞ ফম্বা চংশতারে। গৃহসী ঐগী ইহুং শিন্দুনা উতঙ্ক নংনা রক্ষা তৌরম্মু। ইপাদি চহি অমা যজ্ঞ ফম্বা চংলুগে। গুরুনা অসী হায়না। শিল্লরকলগা সান্দিপনি যজ্ঞ ফম্বা চংখ্রে। উতঙ্কনা গুরুগী য়ুম পুহুনা লৈহৌরে মতম খরলৈরগা গুরুগী ঠাকুরানী ঋতু মতী ওইরক্লে। ঋতু স্নান হুমিরা উতঙ্কবু য়েংহুনা ব্রাহ্মণীনা হায় উতঙ্ক নংনা গুরুগী য়াথং পুহুনা গৃহ রক্ষা তৌরীবনি। মরম অসিনা ঐগী ঋতু অসি,

অয়েম্বদা মাংহনগনুসি ঐগী ঁঁথুবু নংনা পালন তৌরো। অস্থুন্না হাইরকপা য়াসি তাবদা। উতঙ্ক কিন্থনা হরিবু স্মরণ তৌরগা, থুমদা তুমিন মক লুকতুনা লৈখী ? ব্রাহ্মণী পুক্সিং থুংভাইতনা হজিনখী। অসিদগী গুরু চহি কায়রগা, মক্ক লোইরগা য়ুমদা হল্লকই ? গুরু লাক্রবা মতমদা ব্রাহ্মণীনা গুরুদা হায়িজখী। উতঙ্কনা হয়েং দক্ষিনাগী মতমদা ঐভোন্দা তাকপীয়ু ! হন্দকী উতঙ্কগী দক্ষিনা অসিতদি ঐনা পাম্বা অমত্তা লৌজহৌগে ? অস্থুন্না হায়রবদা,* গুরুনা য়াবিখী উতঙ্ক বেদ শাস্ত্র তত্ব লোইরে। গুরুনা হায়রকই উতঙ্ক ইচাদি ইপানা তম্বীবা লোয়রে মতিক চানস্থু হৈরে হৌজিক্তি নয়ুমদা চঙ্গরো। অস্থুন্না গুরুনা বিদায় পিরবদা উতঙ্কনা দক্ষিনা কয়া কচ্চোগে হংজরকই ? গুরুনা হায়রকই। উতঙ্ক নংদি দক্ষিনা পিত্রবস্থু য়ারে চহি অমা ইপাগী য়ুম কোইরম্বসিনা পেল্লে; নংনা পীনিংলগা নমাদা হংজরু হন্দকী দক্ষিনা অসিদি নমা ঠৌরানী পাম্বা অদু নংনা পীরম্ম নমাদা হংজরু। অস্থুন্না তাকপীরকই। গুরুগী য়াথং ঋংলবদা চংখিত্নুনা ঠৌরানীগী মক্মদা হংজরুরে! রাত ভারবদা ব্রাহ্মণীনা হায়রকই। উতঙ্ক হন্দকী দক্ষিনা অসিদী পৌষ মহারাজগী মহারাণীগী মনা ২ দা চিল্লিবা মনিগী কুণ্ডল নাইন অদু নংনা লৌরুরগা ঐভোন্দ ওসিদগী ৭নি শুবা সুমিৎ ফাওবগী মতংদা পীয়ু। অদু ওইরবদী নংনা গুরুদগী তমলিবা বিদ্যা অদু মহৈ য়ানজো। অদুবু শোয়রবদী বিদ্যা পুম্নমক মাংজগনী। অস্থুন্না হায়রক্লবদা উতঙ্কনা ফরে ঈমা ঐ শোয়দনা কচ্চগে, অমুক্তা লৌজরুখিগে হায়দনা থুরুমলগা চংখরে। উতঙ্কনা থুনা য়াংনা লাকপদা, ইন্দ্রনা মায়া তৌত্থনা ষণ কাও অমা তোংলগা লম্বী থৎলগা হায়রকই ? হে উতঙ্ক ব্রাহ্মণ, গুরুগী য়াথংনী ঐগী ষণ অসিনা কাইবা ষন্থি অসী লোইনা চাও ? অসি হায়রগা ষণ অদুনা বিস্থামুত্র থাদরকই। গুরুগী য়াথংনি হায়বত্থদা উতঙ্ক গুরুগী য়াথং ভাকনিংবদগী ষন্থি লোইনা লৌথংতুনা চারগা আচমণ তৌখরে। ষণ কাও অদুস্থু মীস্থ মাংথোকখরে। উতঙ্ক অদুদগী অমুক লাকপনা, পৌষ মহারাজগী কোম্নুং য়োরকুনা নিংথৌগী মক্মদা নোল্লুকপগা লোয়নবা বা পুম্নমক হায়জত্থনা নাইন নিজরকই। ব্রাহ্মণগী অরাববু উপায় তৌনিংত্থনা পৌষ নিংথৌনা রাণীগী কুণ্ডল নাইন পোথোকতুনা কংখী। ব্রাহ্মণ নাইন পুরগা হরাওনা লাকচরে

---

* ব্যাখ্যা ব্রাহ্মণীনা গুরুদা হন্দকী উতঙ্কগী গুরু দক্ষিনা অসিদদী ঐনা পাম্বাদু অমত্তং ফংজহৌগে ঐভোন্দা পিনবীয়ু হায়জবনি গুরুনা ধ্যান য়েংবদা উখী। ব্রাহ্মণীনা প্লতু পালন্তো হায়বদা উতঙ্কনা য়াখিদবা অদুগী মরমনী হায়বা অদুনা গুরুনা পেন্দুনা উতঙ্কবু বোর পীত্থনা চৌষট্টি শাস্ত্র হৈহনখি। ব্রাহ্মণীগী নিংবস্থু থুংজরসনু উতঙ্কগী পুকচেনস্থু য়েংলগে হায়ত্থনা গুরুদক্ষিনা লভাংদা সন্দিপামিনা উতঙ্কবু নংনা দক্ষিনা কংকে হায়রগা ঐগীদি পীত্রবস্থু য়ারে নমা ঠৌরানী পাম্বদু হংলগা কক্কক হায়না তাকপিখিবনী অস্থুন্না জৈমিনী ভারতনা হায়রী ইতি॥

মাহুদু তক্ষকনা উরহুনা, বৌদ্ধ সন্যাসি শাহুনা উতঙ্কগী মতুং ইন্নরকই। ব্রহ্ম তেজনা মকশিনখদি ওমদহুনা, লাপুরা চংলি কয়াবুক লাম্না লাক্লগা, পুখ্রি ১ লৈরম্মী। পুখ্রী মনাক্তা ইল্লিবা কি অহুনা, নাইন কুপশিন্দুনা থম্লগা? ওলাংমন্‌বদগী থমসু ঈংনবা, হকচাংসু শেংদোক্লগে থন্দুনা, উতঙ্ক ব্রাহ্মণ পুখ্রিদা কুমথহুনা ইরাক্তে। অহাংবহু কংথদা তক্ষক চংখিহুনা, মুনিগী থম্মোবা নাইন্ ২ দ্; পুন্‌না চেনখরে॥ মাদু‌্বু উতঙ্কনা উবদা, ইকক্ষবা লোইশিন্নগা কাখত্তুনা তান্নরে, চেনখিদ্রবা তক্ষক অহ্ম তুরুং খুরব। অমদা, লিনগী মশক ওইরগা চত্থাহুনা, পাতাল নাগলক য়োথরে। উতঙ্ক তক্ষকনা চংখিবা মখুল অহু চংবা চন্নহুনা হোগাইবা্রহোংনৈ ব্রাহ্মনগী অরাবদ্ উবদা ইন্দ্রনা ব্রজ থারকুম্না। য়াম্লবিরগা চংব য়ানবা ফাংথরে। উতঙ্ক চংখিহুনা,তান্নরকপদা পাতান য়োন্নক্লে, মকম খুদিং কোইনা চেন্দুনা থিরকই। লম্বাদা মুপী অনি অতোবা ফি শেংপা ১, অমুবা শেংপা ১, ময়া ১২ পানবা চক্র ১দা, তোংহুনা অগাং ৬না. লৈচনা শাম্নথ' অহুবুসু উই। তক্ষকপুদি কংএহুনা য়াম্না রারে? ব্রাহ্মণগী অরাবগু উপায় তৌবীবগে হায়হুনা। মৈনা শগোল ওইরে ইন্দ্রনা শগোল তোংবা নিপা অমা ওহহুনা। মা দা লেপ্লগা হায়বকই

কে উতঙ্ক ঐগী শগোলগী গুহ্য দ্বারদা কন্না কাম্মু গুকগা য়াথংনা রাসি তাবদা উতঙ্কনা কন্না কাম্মী। কামবদগী শগোলগী, মাচন্দা মনাথোন্দা, মনাকা দগী, মৈরেগা লোইনবা প্রনগা মতৌগুম লৈখু কামথোকললকপনা! পাতান লৈপাক পুমমম খ্রে। অচু উবদা কিন্নকতুনা, * তক্ষক নাইন পুরক তুনা, উতঙ্কদা পীবগা হ যন্বর র। নাইন্ ফংব। খুমিং অসী ব্রাহ্মণগীনা থাবকুপা শামং ৭ নি গুরে? উতঙ্ক রাখি না কপনকই, মত্তম অচুদা ইন্দ্রন হায়কং, ব্রাহ্মণ রাংগন্ন ঐগী শগোল মথক্লা তোংথ লকউ' এন নবু খৌজিকমক য়োনব খিনবাগনি। রাসি তামদা উতঙ্ক শগোল মথক্লা তোথংলে? ইন্দ্রনা মৈনা পুবীবকংগা সাম্মিপনিগী লোক্লান্দা থম্মীরমলগা। ইন্দ্র অগ্নি মাংখ্রে।

* টিকা – ব্যাসগী মুল ভারতকা মতনা সান্দীপনি মুনি অসি হায়দ্রে। তৌম্যা অমুম কাবা তৌরম্মী উর্দ্দালকপুনা উপমন্যু মন্ত পনহুনা, অদুনি অমসুং বেদ অমুম্না কাব্য তৌবি। উতঙ্ক মুলদসু ভারত অতৈদসু অংম মানৈ? সন্দিপনি মুনিনা যজ্ঞ ফমলুব অসী পৌষ মহারাজগীদনি অমুমনা হায়রী। পৌষ শিংথৌগী বাণী নাইন্ অসী, লাইরপাক্লগী ফংব মনাগী নাইননী। মাসিবু তক্ষক কৌবা লিম্না নিরম্মী তক্ষকনা নিবদা, পৌষ মহারাজগী বানীনা পিখিদে। মাসবু তক্ষকনা হুগদবনী, অদুনা শেম্নহুনা লৈ। সতীগী গুম্না চংবা হমদহুনা, তক্ষকনা হুবা ওমদবনী। অসি থংহুনা মহারানীনা নাইন উতঙ্কদা চেকশিন্ন পুখো। তক্ষকনা শেম্নখিবা নাইন্নী অমুম্না তাকুখা অহুবু উতঙ্কনা নাগাবন্দা মন্ত্র তৈবদগী, খৌওইখিদে। তক্ষক্তি অদুনা শেম্নহুনা লৈবনা নাইন পুখিবসীবু থংবনি। অহুনা কল্লবা তক্ষকনা, ব্রাহ্ম তেজনা মুম্নবদী ওমগ্রহুনা সন্যাস ওইংনা মায়া তৌরগা, লাপ্না ইমরক্লগা সিত্র কবেদা পুহুনা চেনখিদ্রবনি? অমুমসু হায়রি। ইতি। উপনিষদ বাক্যম॥

উত্তঙ্ক নাইন্ পুংনা মখা ঠৌরাণীগী নাকা, প্রণ প্রণ চংলকই, মতম অহুদা ব্রাহ্মণী মমাংগী মপোম অহুগী শাপ তৌরগে খন্নুনা। ঈশিং পাইহুনা ভাইরমলে। ঠৌরানীনা ভাইরিবহু লান্নীউক্তগী উরক্লবদা কিরহুনা প্রণ প্রণ চেক্লিংজুনা, উত্তঙ্কনা নাইন্ অনিহু কংলগা মমা ঠৌরাণীদা খুরুম্মী। গুরু খৌরানী নাইন্ কংলবদা হুংতাইরংনা ইচাদি মঙ্গোল ওইজরে হায়না বোর পিরে, উত্তঙ্ক গুরুগী মফমদা চংজখিহুনা খুরুমজরগা মানা তৌরকপা ৱারম পুমনমক হঙ্গংলি গুরুনা হায়রকই নংনা চংখিবদা লৈরগা বণ অহু, ঐরাবতনি তোংলিবা অংমা ইন্দ্রনি পুরিষ অহুনা অমৃতনি, অহু চাবদগী মাগলক য়োবা ওঙ্গনি। গুপী অনিহুনা সত্য, অসত্য অচুম্বী, মীনখা কৌবিনী; অতৌবা, অমুবা ফি, লৈতেংবা অহুনা! অহিং, নংথিল, অমম্বা অভানবা অনিহুনি। ময়া ১২ শুবা চাকা অহুগী ময়ানা পা ১২ নি। চাকা লৈরিবা চক্র অগুনা সম্বৎসর চহি অভাং ৬ লংস্নুং ৩৬০ পাচহুনা শানরিবা অহুবা ঋতু ৬ নি লংস্নুং ৩৬০ অদুনা চহি ১গী শুমিং মশিংনি। শগোল অহুনা অগ্নিদেবনি, তালিব অহুনা ইন্দ্রনি; নংনা গুরু ভক্তি লবহুদা মৈদি ব্রাহ্মণগী গুরুণী, পেনবীহুনা সোহায় তৌবিবকপনী। ইন্দ্রনা ঐগী গুরুদা পেন্‌বিহুনা ইচাগ উপায় তৌরকপানী। অহু মংলমপ্রবদী তক্ষককি মখুৎতগী নাইন্ কংলকপা ভমপোইদবনী অম্নুমনা গুরুনা তাকপীরকই? উত্তঙ্ক গুরু খুরুমজদুনা, বিদায় লৌজহনা চংখরে। লম্বী চংলকপদা রাথল তৌরকই, লাল্লুদব ঐবু তক্ষক নংনা অরাবা পীবা, অমুং ঐবু মাংসহু শনবা। ফত্রবা তক্ষক নংনা ঐগী য়েক্লবনী, য়েক্লববু লমন শিংবা ভমদ্রবদা কাপুরুষনী, অম্নুমা শাস্ত্রনা হায়রি, কমদোনা লমন্ থুম্ব, ভমগদগে॥ অমস্নুং ঐগীদা নম্ভনা জিবগী য়েক্লবা, হু পুবা লিনশিং অসী মাংহল্লগে, কমদৌরগা য়াগদগে হায়না ধ্যান্দা য়েংকপদা, জন্মেজয় কৌবা নিংথৌ অহুত্তনা লিনবু অয় তৌবা ভমগনি হায়বা খংথনে? হস্তিনাগী নিংথৌ জন্মেজয়গা ভিন্নরগা সর্প যজ্ঞ তৌদুনা মন্ননা কৌংগা, মীগী য়েক্লবা লিমশিং অসে, মৈদা থারগে খল্লজুনা উত্তঙ্ক ব্রাহ্মণ ময়ুমদা হন্দ্রে হস্তনা রাজা সভারোমদা লাকুনা থুংলবে। ব্রাহ্মণ উবদা জন্মেজয় আসন্দগী হৌগৎতুনা দণ্ডবত কংলগা আসন থাহুনা পুজা তৌগ, কাপ্প কচ্চৌ হায়বগে হংই। মহারাজ অসন্দা কন্বীরো দান নিজরোই মহারাজদা য়ায়া অমত্তা শানিংহুনা লাকচবনি? অসি হায়রুনা জন্মেজয়গা উত্তঙ্ক ব্রাহ্মণগা (তক্ষকী) য়াবা হৌখরে। সৌতিনা হায়রে ভাবিদ্ধ ব্রাহ্ম সভা, উত্তঙ্কগী য়াহায় অসি তাবদা, জন্মেজয়না হায়রকই, ব্রাহ্মণনা তাকপীনিংবা কবি লৈবগে? তাকপীয়ু। নিংথৌগী সেবাদা পেল্লবা উত্তঙ্কনা, হন্দোহু লৌবা লোইরগা, নিংথৌগী মফমদা হায়রক। মহারাজা হৌজিক মতম অসিদা, পৃথিবীদা পাল্লিবা নিংথৌ লৈবিক্তগী, অথোইবা ওইরবা নিংথৌনী। লম্না কুবেরগী পান্দমওয়বা, প্রতাপ্তা কার্ত্তবিয্যার্জ্জুনগী মতৌগুম্নবা, প্রজাগী সাপদস্নু মঘু নিংথৌগী শাসনগুম্মী। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবকি সেবাদা নবুথৌ যুধিষ্টির নি থোগা মান্নবা, দেবরাজ ইন্দ্রনা অমরপুরদা, দেবতে ত্রিশকোটিনা থৌগন্‌বগী পান্দমগুম পাল্লি ধর্ম্মবু রক্ষা তৌবদা পিতা পরিক্ষিতকী মতৌগুম্মী।

মহারাজনা তোগে হায়বা থবক্তা. ঙমমোইদবা করি লৈবগে, অমুক্তি চাওনা পাল্লগা, পিতৃ বৈরিবু লমন শিংদনা লৈবা অসি করিননো ? জন্মেজয়না হায়রকই হে-ব্রাহ্মন ঐগী ইপাগী য়েক্নবদী পৃথিবীদা 'কনা অমত্তা লৈতে। ইপা নিংথৌনা পাল্লমনী ; অহিংসা মিত্তিদা চৎপা ইপাগী নিতীনি। দিব খুদিংবু লুনা চান্না য়োকপা ! মী অমবুমু য়েক্নবা তৌদবা প্রজাবু পালন তৌবদা মমা মপা ওইবমা। মচাবু মুংশিবা মহৈ হৈনবা মমান্নবদগী মীথোই মীহেনবা কহল্লিংবদগী মচাবু লুনা চান্না য়োকপগুম্না প্রজা শাসন তৌরগ্বা ইপান' হায়না থংজে। ইপা নিংথৌগী য়েক্নবা (পিতৃবৈরী) অমা লৈরিনী হায়বা অসিদী জন্মেজয় ঐদী থংজদে। নিংথৌগী ম্না অসি তাবদা উত্তঙ্ক ব্রাহ্মণনা হায়রকই মহারাজদী অহূকত্তি গুণচাওরগা। হৌত্রিক ফাওবা ইপাগী য়েক্নবা মশক শংদনা লৈরমলী ঐ হাংগে তাবো মহারাজা। কদ্রুগী মচা নিপা বাসুকীগী মনাও ধর্ম লৈত্রবা মী থুদিংবু য়েক্নবনা মাগী মপুন্সিগী ধর্ম ওইহুনা লৈরবা। সাগীদ হেংবা মীমুংশি থংত্রবা মী মাংননবা তৌবনা মথৌ ওইরবা মহু কল্লবা তক্ষক কৌবা শিননা চিকতুনা শিখিবনী মহারাজগী পিতানী। ইপা হাংখিবা তক্ষকপু হেনবা অসী পিতৃ বৈরি কয়া অমা লৈরিবগে ? ক্ষেত্রি নিংথৌমচা ওইবনা য়েক্নববু খুংম চনবা ঙমত্রব। মী মহাক অহু মীথা পোননা লৈবা তোল্লবা পুনসিনী অমমুং শাস্ত্রনা হায়রিবা অত্তাই তরুকী মপুংদা জন্মেজয় নহাককোদি, অথোইব গুরু ওইরিবা ইপানি। অহুনা ইপা হাংপবু লমন শিংবা ঙমত্রবদী, কাপুরুষদা তারগনী। মহারাজনা লমন শিংগে হায়রবদী পাঙ্গল ওইনবা মরম অমা হায়গে তাক্কক অসী ঐগীসু য়েক্নবনী ঐসু মানা গুরু দখিনা কৎনবা পৌষ নিংথৌগী রাণীদগী নিহুনা পুরকপা কুণ্ডল নাইল তক্ষকমাক হুহুনা পুথিবদগী পাতাল যৌহুনা অরাবা কমা নংহল্লে। মরম অসিনা লিনবু ঙমগদবদা জন্মেজয় কৌবা মিং অসিদনা ঙংগদবনী মহারাজ লিনগী যজ্ঞ তৌরগা মন্ত্রগী ওয়া কৌরগা। মীগী য়েক্নব লিন পুংমক মৈদা থাজিন্দুনা ভৎ ওলহনসি পিতৃ বৈরি তাক্কক মাবু মাংহনসী। অহুম তৌরবদী মহারাজগী মিংচংসু লৈহৌগনি মহোলসু সোয়দনা ওইগনি মরম অসিদগী মহারাজগী নকমদা উত্তঙ্ক ঐ লাক্লিবনী। অসুমা ব্রাহ্মণনা হায়রক্লিবা অসিগুম্বা আদিপর্ব্বগী কথা অসি মীওইবনা তাক্লবদা পুনাগী মশকনি ? শিরগা হরিধাম কংই। শ্রীব্যাসনা লেংখরবা মহাভারতকী কথামৃতনী ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

---

# অধ্যায়

## জন্মেজয় নিংথৌনা লিনগী যজ্ঞ তৌবা

**য়ারী মতাং ।**

নৈমিষা কৌবা বনদা য়ারী লীরিবা সৌতিনা তারিবা, শৌনকনচিংবা ব্রাহ্মণশিংগী মক্ময়দা হায়কই ! তাবিয়ু মুনি পুন্নমক্না হংবিয়রক্রিবা মথাগী য়ারী, জন্মেজয়না লিনগী যজ্ঞ তৌখিবদু লিজরগে উত্তঙ্ক হায়না কৌবা ব্রাহ্মণ অমুনা হস্তিনাদা লাকতুনা জন্মেজয় নিংথৌদা মপাবুং পরীক্ষিতনা শিখিবদী; তক্ষক্না চিকতুনা শিখিবনী হায়না নি শিংলবা । অমসুং নপাবুংব হাংখিবগী লমন শিংউ হায়না নিংথৌগী পুক্নিং থৌথরে । মহারাজ নহাক্না চহি ৭ শুরকপ মতাংদা নিংথৌ খুবম শিংরমলগা তক্ষক্না চিকতুনা শিথিবনী । মতম কুইনা মোঙ্গাখ্রবা মপাবুংবু নিংশিংলকপদা অমসুং চুমনগী অমা অয়েক্না নংতনা "তক্ষক্না" চিকতুনা মপুসি লোমখিবা । মতম অমুদা অঙাং ওইদুনা ... তাহৌদবা য়াকম অদুবু ঙসি নিংশিংলকপদা লাইগুরু অমদী মপা, মমা লুনা নিংবনা জন্মেজয় নিংথৌ, মপাবুং নিংশিংলুরগা। মমিংতা প্রেমগী ঈরা চেল্লক্রে । মপাবুংগী থল্লুরগা, অমসুং তাক্কক মানাচকতুনা শিখিবনি হায়বা য়াকম অসিগা !! শুগুাইখিদবনা কোকথক্তা বজ্র তাবগুম য়াবনা ঙাইহাক্তং মৌন ব্রত ওইনা তুমিন্না লৈরুরগা রাজ দরবারদা ফমলিবা মন্ত্রীনচিংব রাজ সভাদা হংলকই । নিংথৌগী হংককপা য়াথং তাবদা সভানা চপ মান্নবা লেপথংতুনা বেব্যাহার ফোংদোকখী । হংলকপা য়াকমদি "উত্তঙ্ক" না ঙায়রিবা অসি অচুম্বরা ? হায়খি । মন্ত্রিনা খুমই চুমই মহারাজ মহুগী মরম শমলপনা লীপ্লগে তাবিয়ু । নোংমদী নপাবুং মহারাজ তেঙ্গোল লাগ্নী লোয়নতুনা থুংম্নু খুংলাই শাজন রথ কয়ামরম লোইশহুনা নপাবুং মহারাজনা মৃগয়া লেংথোক-পদা বন্দা শজি অমা তেম্না পাল্লগা চেনথরে । শমিক মুনিনা য়া ঙা দহুনা তপ তৌরিঙৈদা শজি উহৌব্রা ? হংলুই ; খুমদে হায়বগী শাওহুনা মনাক্তা তাহুনা লৈরম্বা অশীবা লিন ১ মুনিগী মডক্তা য়েংশিল্লমই । উহৌবা মুনিগী মচাগী মতাও "কৃশ" না মুনিগীমচা "শৃঙ্গি" দা তাকলুহুনা ? লাক্লগ উরহুনা শাপ তৌখি । ঙসিদগী তরেনি শুবা শ্নমিত্তা তক্ষক কৌবা লিন্না চিকতুনা শিরো হায়খি । মহু তাবনা তপ কাইহুনা শমীক হৌগংতুনা মচাদা ঠৈখি । অমসু মথাই সেবক গৌরমুখ থাহুনা মপাবুংদা পাও অদু খুদক্তা তাকহল্লরে । গঙ্গাগী ঈশ্নাইদা শাবা শগারথক্তা লৈরগা মথাদ মীয়ামনা ঈশিং মথক্তা কোপ হাহুনা মীয়ামনা খুংলাই পাইহুনা কোইনা ঙাকই । অমদি লিনগী যজ্ঞ হিদাক লোঙ্গননা মাইবনা চিংবা অমসুং বেদাগ্য ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লোয়মনা প্রজানা ককচেং

কাও চংবা ওমদা মখে তাক শেনখী। পাত্র মন্ত্রিশিংগী মাদগী শ্রী মদ্ভাগবত" তারগা শ্রীকৃষ্ণগী গুনা-মৃত নাম, কৃপা তৌগদি হায়না "শ্রীশুক দেব" লেংবীরুনা য়ারী লখিংখনী। শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তাহা শ্রবন্তৌহনা, মীয়াম পুম্নমক তাক শেন্দুনা লৈবনী অমস্তুং মতম অহুদা য়াকম অসি, লৈপাক পুম্নমক মীপুম'খুদিংমক তাখী লিনগী মহীদা হেন্লোক খোংদোক্না হৈখবা "কাশ্যপ" মুনিনা নিংথৌগী থরাই কল্লগে লাকপদা লম্বীদা উহুনা তক্ষকনা সন্ন্যাসী ওন্দুনা ইরগা লমীদা মরম হংলকনা মহে ২ নাপক তৌনহুনা খোংনাংবট পাম্বী ১দা চিন্দুনা উং ওইরকদগী কাশ্যপনা হান্নগী মকোগুম হিংহনখী তক্ষকনা মুনিদা ব্রাহ্মণ লখোইগী ব্রহ্মশাপ বাক্য তাকদোবনী হায়হুনা মকোক্কীমনিন মা থোকহল্লগ শিন্দুনা লম্বীরগীমা আশ্রমদা হলহনখী। উপাল অমনা উং ওইবদ শীংচনবা মুপা ১মু উথক্তা য়াওমিন্নবা, অমুক হিংলক্নিন্নদুনা মহাত্মা থোথোক অসি তশেংনা তক্ষকপদগী ঐস্ত মহাকী মতিক্কী তাবনি মরমসিনা উতঙ্ক "মুনিনা হায়রিবসি অচুম্বানি। অডুগা মচা মনাই থরবু ব্রাহ্মন শাগল্লগা মানা হৈনৌ অমুনমগী মরুংদা তৌদ মচা ওইনা চংহুনা নিংথৌদা কংহল্লগা হৈনৌদগী থোরকুনা চিকখিবনা। থাজবা য়াবা মন্ত্রি অহল অতগী য়া তাবদা জন্মেজয় নিংখৌদে শাওবনা ওমখৈ লেখিন্দ্র, হকাং থক পক নিকুই, থাচিক্কুনা পাম্লোম তিংই অমস্তুং হাম্নরকই। লিনগী জাৎ কুম্না হাংনব উপায় করি লৈবগে? মন্ত্রিনা হায় যজ্ঞ তৌবিয়ু। নিংথৌনা করে মতুনা মতিক চাগনি, মরমদি পাবুংমু লিনগী হুনা চাকুন শিখবা, হৌজিক্কা যজ্ঞগী মৈদা লিনশিংবু চাকহনবা য়াম্না করে যজ্ঞগী থৌরাং তৌ ব্বা হায়হুন নিংথৌ য়াখং মনাইশিংদা শিন্নখরে। জন্মেজয় নিংথৌ উতঙ্ক ব্রাহ্মনবু ভক্তিতৌহুন হায়ই ব্রাহ্মনীমু যেক্কবা তক্ষক অমস্তুং লিনজাং কুম্নবা যজ্ঞ তৌবসী বেবষ্টা ওইবিবো পুংমৎ অহুদগী যজ্ঞ হোবা য়াবা মুমিংমু বেদজ্ঞ" পণ্ডিতগী লেপ্নহুনা খুং হৈবশিংনা মতিক চাবা কুণ্ড, মাওবনচি বা শাব, শেম্বা পোংকলম্নাংবা হৌরক্লে। খুংহৈবশিংনা, হায়খী মহারাজগী থবক অসি লোইহন্দ্রবৈদা মৈগাট থিগ্গাইব। (বিঘ্নি) শোয়দনা লাকদোর", ঐ'খায়না থবক শুবনা শাক্তি থংপে।" নিংথৌনা হায় অহু ওইখবদি মতম হো বম্নু ভয়রোক্ত কবি উপায় লৈবগে? শিলপীনা হায় মগাবাজ। যজ্ঞ পোইন্দ্র ফাওবা কনাগুম্না ১তা চংহন্দ্রবদি কাইবোহ নিংই। দ্বারীদা নিংথৌনা মতুমক শিন্নহুন ডাংহনখবে। যজ্ঞ ফম্নবা বেদগা ব্রাহ্মন লিশিং কুন বারতোন তৌবগে, ঋত্বিক ফংবা মুনি ঋষি থুডংরে। সৌতিনা হায়জৈ, জন্মেজয় নিংথৌনা মনাইশিংদা শিন্নহুনা যজ্ঞগা পোংলম লাংহুনা থমলবা — ঘী, থাও চফু; শীংলং মপৈ মপৈ; কি, কৌ, যব, কুশ, চেং, থাইদিং, লৈ-মুমচিংবা যজ্ঞদা চংবা হৌনবা পোংকী জাৎ শুনা মথাং কাহনা থমথরে। অহুগী তুংদা যজ্ঞদা ফম্বীগদবা বারোল ফংবা ব্রাহ্মন শিংনা উতঙ্ক, উদালোক, চণ্ড ভার্গব, মার্কণ্ড শোনক, দেবল, ন চংবা মতিক মগুন চাওরবা নারদ ঋষি অমস্তুং ব্যাস মুনিমক য়াওনা থুংলরে। মতম ওইরক্লগনা যজ্ঞ হৌবিরো হায়না য়াথং পিরকে ভাণ্ডারি সেবারিশিংনা ব্রাহ্মন ময়াম বোরিরে; জন্মেজয় যজ্ঞ সংকলপ আসন্দা ফমথরে। ব্রাহ্মনশিংনা হৌনবী পুজা কংলগা অগ্নি আবাহন তৌহুনা পুজা তৌরে ব্রাহ্মনশিংনা মতম চানা

হোনবী নিয়ম কায়দনা, যজ্ঞগী বেদ মন্ত্র শোন্দুনা হোৱে। যজ্ঞ কুণ্ডদা শীঙ্গং থাদদুনা ঘী থাও হৈথহুনা মৈ হোগৎখৱে, চেং থোইদিং লৈ, তুলসী কৎতুনা যজ্ঞ হোগৎলক্লে বেদ মন্ত্র শোন্দুনা লিন কৌরকপদা কয়াদা কনখরবা মন্ত্রগী গুননো ? চাওর চাওরবা লিন চেনশিল্লক্কুনা অতিয়াদা পাইবগুম্না লাক্কুনা যজ্ঞগী মৈদা তাহুনা কয়া কয়া শিররে। অদুকপনি, পাৎ, কংফান চীং লোক, অঙোল অমসুং উমংদগী মশিং লাকডবদনা মৈদা তারে। ব্রাহ্মণ মযাম্না যজ্ঞ মন্ত্রদা লিনগী মিংথৈ শোল্ল শোল্লহুনা. হোম তৌবদা লিনগী জাৎ অমতা থাংবা ঙমখিদে। দ্বীপ ৭ খণ্ড ৯ দগী সমুদ্রদগী পাতালদগী ; নাগ আকর্ষন মন্ত্রগী পাঙ্গম্না চিঙডক্লুনা পাইরকপনা মৈমুংদা তারে। করিগুম্বদা উবা ফংনদ্রিবা লিনগী জাৎনা অমমম্না শাগুম, কনানা শগোলগুম, কনানা উইকুন্না চাওরবা; অঙৌবা, অমুবা, অরাংবা অমসুং মাপু মচুগী লিন্না মাইকৈ মরিদা কাম্বা লাউ খোংবা, মনিম্না পুমনিন নিন্থরে। লিম চাকপগী মনম্না দেশ অদুদা নমথিবনা লৈবা য়ানরক্লে, শাংবদা চাওবদা হায়নিঙাই প্রমান লৈত্রবা, মতোংক্না ১০।২০।৫০।১০০ পাল্লবা পুম্নমক নোংচুবগুম্না যজ্ঞ কুণ্ডদা তাহুনা শিথবে। অঙকপনি লিনগী যজ্ঞ প্রলয়গী মতৌ গুম ওইরক্লে অতিয়াদা হায়গংলকপা মৈরি য়ুথক ২০০ রোম য়াংনা হায়গংলক্লে। তক্ষক কৌবা লিন অহুদি যজ্ঞগী পাও হেক তাবদগী শোবারেনদা চংজহুনা প্রান কনবিযু হায়না. থৌদোক অদু সাম্বুনা হায়জরুবদা! ইন্দ্রনা শরনাগত 'নি হায়হুনা মনাক্তা থম্মী। মতম অদুদা লিন পুম্নমক্কগী অথোইবা "বাসুকি" না লিন শাগৈগী অরাবা তাবা, য়েংবা ঙম্নক্কুহুনা মমাগুংঙোগী য়া নিংশিংহুনা, মচন্নুপীদা হায়জখা যজ্ঞদগী লিনবু কন্সি মমাগী শাপ লৈথিবা অমসুং শাপ কোক্লবা লৈথিবা নিংশিংহুনা জরৎকারীনা মচাপুম্পা আস্তিক" মুনিবু কৌরক্লে। মমানা হক কৌরকপদা লাইনিংফমদগী মীকুপ্তা থুডভরে মমানা হায়রকই হে-অস্তিক ইচানা মাতুল-শবু কন্নু নবেম্খোক্নী য়াথং লৈথিবনি ইচানতুনা কনবিনবা লৈতে হায়ন কপ্পুনা হায়থরে। অস্তিক "মুনিনা কপকপু মামসু ইমাগু য়াবিগনু * ঐ চংকে হায়না মামা থুরুম্নে, অস্তিক হস্তিনাদা জন্মেজয়গী যজ্ঞ মফম তাম্না চংখিরই। চেকপন্না কোয়থুবা অতুগী থোংদা, য়েংখিহুনা অস্তিক অনুক্না চংগে হায়রুবদা থোংঙাকপা কাংবুনা চংহন্দ্রে। ব্রাহ্মণ ঐবু থৌওইদবদি উং ওইনা নুম্নমক মাঙ্গেরা? অস্তিক হায়বা ব্রাহ্মণ মচা অহু ঐনি। নংগোজন্মেজয়দা হঙংলু ঐ পৌজিকমক যজ্ঞশালা চঙলগা নিংথৌ উনগে লাকপনী। কুইনা পনবা য়াদে থিল্লে চংলু য়াঙাং সী তাবদা দ্বারীনা চেনশিন্দুনা নিংথৌগী য়াথং লৌরুবদা ব্রাহ্মণ ওইরবদী থাজিল্লকউ হায়রগবদা অস্তিক মুনিদো থোং হাংহুনা মমুংদা থাজিল্লক্লে। মমুং অদুদা যজ্ঞগী বেদ মন্ত্র থিবগী লিনশিংনা লাউ খোংবা মৈদা চাকপগী ধ্বনিগা পুন্নিল নিল্লমই। অস্তিকসু মাগী মমিংবু তাবদা থংদবা ওদ্রবা, মগুণ চেনবা ব্রাহ্মণ অমা ওইবদগী অউবা মী থুদিংনা থুকমথি। অস্তিকনা মহুদা বেদ

মন্ত্র থীদুনা থীদুনা "জন্মেজয় নিংথৌবু থাগৎ থাগৎতুনা চাশিনখী। মহাভারতকী ৱারী অসিদা পুনাগী মশক্কী। শ্রীব্যাসদেবনা শ্লোক লিশিং চাম্মনা লেংখ্রবা অমৃতগী ইচেল ওইরবা মীওইবনা হেক তাজবদা পাপ ঁইখ্বিক কোক্নুনা অমসুং মতমদা হরিধাম ফংলবা। বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণগী বীর রস লিলা ওইরবা মহাভারতনী। শ্রীগুরুদেববু খুকজহনা তোল্লবা হরিদাস সিংহনা মাতৃভাষা ইমালোন্দা ইজবগী দোষবু বৈষ্ণব সমাজনা ঙাকপীগনি। ইজরীবা ৱারী মতাং অসী। শ্রীলাইশ্রম গোকুল সিংহ কথাবাচক পণ্ডিত ওঝানা লেংবীরমবা ওঝাগী শরুক্নি। তোল্লবা ঐনা সেবা ওইনা ছাপা তৌবা য়ানবা খোমজিন্দুনা ইজবক্কনী। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

## অস্তিক মুনিনা জন্মেজয়গী যজ্ঞবু থাগৎপা

### ৱারী মতাং ॥

অস্তিক মুনিনা ফজ ফজরবা, মুংশিরবা ৱাহৈনা হায়রকই। হে ভরত বংশগী অথোইব জন্মেজয় নিংথৌ থাইন মমাংঙৈদা বরুন অমসুং প্রজাপতিনা "প্রয়াগতা" লিংখৎখিবা যজ্ঞ নহাকী যজ্ঞ অসীদগী হেন্দে চপ মান্নে। হন্দকী যজ্ঞ অসি য়েংবদা নিংথিজে হেক তাবত্তদা পুরি মুংঙাইবা পোকই। যজ্ঞগী জাৎ কয়া তাগ্রে, কনাগুম্বনা অসিগুম্বা যজ্ঞ তৌথিদ্রি হায়বদা হায়মন থোকলোই মরমদি ক্ষেত্রি মরক্কগী অথোইবনি অতাংবনী নহাক পোকপদগী থাগী শাগৈ পুম্নমক মিংচৎ হেনগৎহল্লি। ঐখোয়গীসু নিংথৌগিসু অকবা শরুক্কা ওইরসনু। মহারাজগী গুণবু শিং হুনসু লোয়ররোই। মাংলমচৎতসু থোকখিদ্রি মতুংদসু লাক্লরোই ? হে ভরত শাগৈগী অথোইব

মমাংঙৈদা শোরারেন্না যজ্ঞ অসি থামরক তৌখি তায়মা তাই, হৌজিকসু অমুক হন্দুনা কিতরারক হন্না তৌরক্কুনসু হন্দকী মহারাজগী যজ্ঞ অসিগা মান্নগদবা ওইদে। যজ্ঞ অসিনা ঐখোয়গী মহারাজগীসু, অকবা ওইরসু। মীনা লাইনা ঙক্কদ্রবা যজ্ঞবু মহারাজা নহাক্না লাইনা পাংথোক্তুনা তৌরি, যজ্ঞ অসী উবদা অচৌবগী মশক ওইখরে সর্ব্ব ভূমাপতি চন্দ্রবংশ থাগী শাগৈগী অথোইবা হে-নিংথৌ !! মমাংঙৈদা গয়; অশ্বমেধ, মহারাজা, রন্তি দেব, নিংথৌনচিংবনা তৌখিবা যজ্ঞশিং নহাক্কী যজ্ঞ অসিগা খন্নবা লৈদ্রে। মমাংঙৈদা গয় কৌবা নিংথৌনা, শশ বিন্দু,অমসুং, কুবের তৌখিবা, মফম খুদিং শিন্দুনা ভানখ্রবা মমিং চৎপা যজ্ঞশিং অদু হন্দকী মহারাজগী অসিগা

মরম অহুমা ঐখোয় পুম্নমক্তীমু, মহারাজগীস্নু অকবা শরুক্না ওইরসমু ! পৃথিবী অসিদা মমিং চাওনা চংথরবা কলিগী যুগতা লাইবু খুদুম চন্নগা সত্যগী ধর্ম গা চপ মান্নবা ধর্মবু ঙাক্তুনা পান্নবা, পিক্তা পরিক্ষিত নিংথৌগা মান্নবগুম্না তিম্লে। নৃগ নিংথৌ; অজমীর নিংথৌ, শ্রীরাম চন্দ্রনা তৌখিবা যজ্ঞগা খেন্নবা লৈজে। নোঙাথরবা "প্রাত স্মরনীয়" য়াহৌরকপদা নিংশিংবদা মঙ্গল — য়াইফবগী মশক ওইবা ? মধুখৌ শ্রীযুধিষ্টীর নি থৌনা তৌখিবা যজ্ঞসু ঐনা তাই। মুনি মরক্তগী অথোইবা সত্য-বতীগী গর্ভদগী পোকপ্রবা, "ব্যাস দেবনা" মশামক্না বেবস্থা পিগুনা তৌখিবা, পুরোহিতসু ওইখিবা অহুগা, নহাক্কী হন্দকী যজ্ঞ অসিগা মান্নরে। চান্নরবা ঐখোই খ্বাইগীমু, মহারাজগীমু অকক্না ওইরসমু, হে-মহারাজা সংক্ষেত্রিগী থৌনা লিংজেন্দসু ? মহাবাজগুম্বা তুংদা লাক্লরোই। মুমিৎ থানা লৈরিবা, পৃথিবীনা প্রলয় ওইদ্রিবমথৈ, মীনা শোম্নহৌরমী, মপাবুং নিংবা হে নিংথৌ। নহাক্কী যজ্ঞদা কম্লিবা যজ্ঞগী থবক তৌরিবা ব্রাহ্মনশিং অসিদি, মুমিংকী মঙানগুম্না পুম্নমক্তগী কনবা থৌবা হেল্লবা, লৌশিং শিংলবা মুনি ঙাক্লনি ॥ মথোয়দা থজিতংবু কৎলুবদা মহৈ মাওবা লৈত্রবা, মতিক মগুণ চাওবা ব্যাসদেব য়াওবীরী। শোরারেনগী যজ্ঞ তৌবা খুদিংদা, শগোলশেন্ গুরুনা চিংবা মুনিশিংনা পুরোহিত ওইবগুম্না, নহাক্কীদা ফম্বিবিবা শ্রীব্যাস মুনি অসে মাগুম্বা মথোল অহমমক্তা লৈতবনি। মহাক্কি সেবকমক্তনা মশিং লাকওমদবা মথৈ পৃথিবীগী মফম্ খুদিং শিন্থুনা লৈখরবা, অমসুং কোয়চং চংতুনা যজ্ঞ খুঙ্গিং তৌবিরিবা ব্যাসগী সেবক ঙাক্তনী। ব্রহ্মাগুম্বা কাওররা শক্তা বেশ সুর ঋষিমক হন্দকী যজ্ঞ অসিদা য়াওবিরী, গুণ লৈরবা ব্রহ্ম ঋষি পুম্নমক গুম্মে। সনাগী মতৌগুমনা ঙাংনা লংলবা, অমসুং সনাগী মহীনা চেম্থবগুমনা মাগী মশক ওইরিবা, কচ্চরিবা পোংকি মথৈ চাখিরিবা, অমুবা মৈথুনা মাগী লম্বী ওইরিবা, মৈ কোবা লাইনা। শ্নেং ওইননা কোয়রিবা, মৈরীনা মহারাজনা কৎপা পোংলম্ অপুম্বা লৌশিল্লি, চাশিল্লি। সংসারদা "জন্মেজয়" নিংথৌগা মান্নবা অমা লৈররোই ? প্রজাবু ঙাকপিবদা থাংবা কনবদসু অমা উরকত্রি, প্রজাশিংনা থাগৎনরি, শোম্নরি, ইপা ইমাগী মশকনি হায়নরি, মীপুম খুদিংনা শোম্নরি। মমাঙৈদসু ওইখিত্রি মতুংদসু থোক্লরোই ? সর্গদা শোরারেন, মর্ত্তদা জন্মেজয় অজ্ঞানী ? হায়বদা মতিক চারবা নিংথৌনি। চন্দ্রবংশগী থাওমৈগুমনা ঙাল্লবা. নিংখিবা গুণ থৈবিক্লা তিম্লী ? জন্মেজয় নিংথৌগী মগুণ অসিদা চাংদমনিঙাই লৈখিজে। খট্টাঙ্গ, দীলিপ, যযাতি, মন্ধাতা, সিবি নিংথৌগুম্বী ? মুমিংকী মতৌগুম মগুণ চেন্নিবনী। ভীষ্মগী মতৌগুম রাশক চেংলী; বাল্মীকীগী মতৌগুম্না থাংবা কল্লিবনী। বসিষ্ঠগী মতৌগুম্ শাওদবা, শোরারেনগুম্না থৌনা ফবনি ! হায়মনবা থোকত্রা ? "অস্তিক" ঐনা হায়নিংই নিংথৌগী মগুণসে নারায়নগী তেজ গুম্না ওইথরে। যম্‌গা মান্নবা ধর্ম লৈবনী, শ্রীকৃষ্ণগী মতৌ মান্নবা গুম্না মতৌমদা পুল্লিদো। মাইকৈ ঙাকপা লাইগুম্না মুংঙাইরি,, যজ্ঞ তৌবদা মগুন্ হেন্‌গৎলি। দত্তোত্তব নিংথৌগুম মপাঙ্গল কল্লি, খুৎসু থুংলাইদা 'পরশুরাম্' গুম্বনী ! মৈচাক কনবা অঈন্

কনবদা ঔর্ব্ব, ত্রিত মুনিগুম্বা, লানফমদনা ভগীরথ নিংথৌগুম্বনী। ৱারী তাৱিবা মুনি ময়াম য়েংহুনা ৱারী লৌৱিবা সৌতি মুনিনা হায়জরকই, ৱাবীতাবিৱিবা ব্রাহ্মণ পুম্নমক মতৌ অম্নমনা থাগৎপা ৱাহৈগা লোয়ননা ফজবা ৱাডাংনা শোল্ল শোল্লংনা, 'আস্তিক মুনিনা চংলকপা মফম অহংগী ব্রাহ্মণ অমদি নিংথৌ জন্মেজয়নচিংবনা, অস্তিক মুনিবু পেন্নরে। অমম্বুং মথোইগী থমোই হুথরে, মৈ কৌবা লাই মরুম্ব যজ্ঞদা পেনথরে। ময়ামম্বু পেন্নবদা মাগী মাগী তৌফম থোকপা থবক কাওনরে মতম অহুদা। জন্মেজয় নিংথৌনা অস্তিক মুনিদা চান্নবগী ৱাহৈনা হায়বা হৌখি। আদিপর্ব্ব মহাভারতকী মতাং অসিদা অস্তিক মুনিনা মজ্ঞ থাগংপা ময়াম্বু পেলহন্‌বা আধ্যায় লোইরে। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

অধ্যায়

# অস্তিক মুনিনা লিনগী যজ্ঞ থামখিবা ৱারী মতাং অমা

জন্মেজয়না হায়রকই তাও তাও প্রজাশা। তাবিয়ু ব্রহ্ম সভাবু, যজ্ঞশালাদা হন্দক চংলকইবা ব্রাহ্মন্ মচা অসি মতৌদি অঙাং ওইনা উইদি ৱায়বু ডাংবোককইবা ৱাহৈদি অঙাং নত্তে। ঐথোই থাইনা তাখি থংখিদ্রিবা, নিংথৌরেন কয়াগী কুইরবা ৱানা হৌজিক মানা ঙাংলি? মরম অসিনা নিংথিনা মঙোন্দা কৎনিংই পেলহননিংই। তাবীয়ু ব্রহ্ম, সভা পুমনমক ঐনা হায়জবা য়াবিয়ু? মানা পাখা পোং ঐনা মঙোন্দা দান তৌবগে, মহুগা হৌনবা তৌ য়ু। নিংথৌগী য়াথংদগী সেবারীশিংনা, অস্তিক মুনিগী আসন থায়, অস্তিক সভা থুকমগা ফমী যজ্ঞদা ফম্নিবা ব্রহ্ম সভানা নিংথৌদা হায়রকই, মহারাজবু অঙাং অহল বেদ হৈবা হৈতবা থিদহুনা, ব্রাহ্মণনা নিংথৌনা পুজা তৌবনা অচুম্বনি। মানা নিবা পিগদবনি মহাকপু পেলহনগদবনি। তৌইগুম্বসুং তক্ষক ওদি লাকহনখিবা অমসুং যজ্ঞ অসি লোইহৌবনদি ফগদ্রা? মহারাজনা তৌৱিবা যজ্ঞ অসী পিতৃ বৈরী তক্ষকপু হাংকে, ইপাগী য়েকনবা পৃথিবীদা থম্মবোই হায়বনা যজ্ঞনী দান তৌকরবদী যজ্ঞ কায়গনী। সৌতিনা হায়জৈ শৌনকা চিংবা মুনি পুমনমক জন্মেজয় নিংথৌনা অস্তিক মুনিদা অপাম্বা পিগে হায়গদবগী ওন্‌শিল্লকপা মতমদা। হোম তৌৱিবা "চণ্ড ভার্গব" মুনিনা, নিংথৌদা হায়খি, মহারাজ অমুক্তা পুক্নিং তপথবিয়ু? য়েক্লব তক্ষক্না লাকত্রিংদসিদা অপাম্বা হংলুরবদা যজ্ঞ কাইবা য়াই। নিংথৌনা হায়রি চুমহ, য়াম্না থুনা তক্ষক লাক্লবা যজ্ঞ মন্ত্র শোনবীরো। ৱা অসী তাবদা, থোঙ্গীদোক হেন্দোক্লা থং হৈরবা মুনিশিংনা হায়। তক্ষক্না লাকত্রিবসিদী যজ্ঞগী মৈম্না অমসুং মৈথুগী মাইওন্ য়েংবদা, খুদম্না থংবা ডমলে, হৌজিক শোরারেন্দা চংজহুনা দেবরাজনা কন্দুনা থমথরে। মরম অদুনা তক্ষক নিংথৌগী য়েক্লবা লাক্লবনী, দেব শক্তিনা ফাহুনা থমথরে।

রা অসি তাবদা জন্মেজয় নিংথৌনা, হায়রিংঙাই লৈত্তবা মখৈ শাওরম্লুনা হায়রকই, ঐগীদমক রাবীরিবা ব্রাহ্মণশিংনো তক্ষকপু লোয়নলম; শোয়ারেনসু লাক্লবা অকনবা মন্ত্র শোনবারো? সোয়ারেনস্থ ঐগী য়েক্লবা ওক্লমে। নিংথৌগী অপাওবগী বাঙাং তোবদা ব্রাহ্মণশিংনা, অকনবা মন্ত্র শোম্লুমা মৈদা হৌনবী নিয়ম তৌবদা খাংবা ওমত্রস্থনা 'সোয়ারেম্মা তক্ষকা লোইনবা' মন্ত্র শক্তিনা চিংলক্লে। অতকপনি! কয়াদা কনথরবা মন্ত্রগী শুল্লো? সোয়ারেন্দা মতনা মনাই কয়ামরুমসু পুংহৈ ইশিং শক থৌশল তৌদুনা লোইনরক্লে। মতম অহুদা শোয়ারেক্লো যজ্ঞগী মৈ উক্তরুপা কিবনা নিরক্লে, কনবীরিবা তক্ষকপুসু ফিম খুঙহুনা কোনগৌথি। তক্ষকপু কোল্লুবদগী ইন্দ্র দেব রাজহু, আকর্ষন মন্ত্রগী পাঙ্গমা চিঙকপনা! অতিয়া অয়াংবদা লেংদনা লৈবা ওমত্রহুনা, যজ্ঞগী মৈয়ৌনা হায়গৎলকইবা অদোমদা নকশিল্লক্লে। ব্রাহ্মণশিংগী মন্ত্র শক্তিনা শুন্দা চিংহুনা পুরকপনা যজ্ঞ নকশিল্লরবদা সোয়ারেল্লা য়াঙ্গা কিশিল্লক্লে অমসুং 'ঐ' হায়রক্লুনা লুশিল্লকপনা তক্ষকপু থাদোক্লগা শোয়ারেন্ লাইগী কোঙ্গুং তাম্না চেন্থিরমই। তক্ষক মাগাকম্ব লৈথোক্লুনা চেনগে হোৎনবদা ওমথিদে যজ্ঞয়োমদা কয়া চিংশিনশিরমই। মতম অহুদা ঐ শিবা তারে শোয়ক্লে হায়হুনা লাউ থোংহুনা, মপা থেক হায়হুনা শুন্দা পাইবগুম যজ্ঞয়োমদা চংশিল্লক্লে। অহ উবদা যজ্ঞ তৌরিবা পুরোহিতনা হায়রকই, মহারাজ ইবুঙো য়েংবিয়ু, য়েকনবা তক্ষকপু ওমলে। মহাক্লা থাংবা ওমত্রহুনা লাক্লিবা অমসুং কিবনা শোর মপি হোন্দুনা লাউ থোংহুনা থেক হায়হুনা লাকলিবা অসি মিংয়েং তাবিয়ু। হৌজিক মহারাজগী নিংবা থুংবিবা য়ারগনী? যজ্ঞ মপুং ফাবসু য়ারগনী, তক্ষক লাক্লবদি হন্দক্লা থবক অসী মপুং ফারে। তক্ষকনা মৈথক্লা হায়বগাদোরিবহু উবদা, অস্তিগযোগ শক্তিনা তিস্থ তিস্থ হায়দুনা, লাওহুনা অতিয়াদা থামহুনা লেংদনা থমথী। নিংথৌনা পুরোহিতকীরা তাবদা নিংথিবা রাহৈনা খুদক অংমক্তদা অস্তিক মুনিদা য়েংহুনা হায়রকই। হে-ব্রাহ্মণ মচা নহাক অসি য়েংবদা অঙাং ওইনা উরগা, হায়দোক্লকপা থোঙ্খোক্তি মহা পণ্ডিত ওইনা তৌই। করি থবক্তি ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবনো। অমসুং করি হায়নিংবা লৈবগে, মংনা পাম্বা পোৎলমক্ত লেপ্পমক্ত শোয়দনা ঐনা পীরগে। ভূমীদান, গোদান স্বর্ণদান, রৌপ্যদান, বস্ত্রদান, অন্ন দান, হায়রিবা অসিদগী অপাম্বক্ত হায়বিয়ু ঐনা সোইদনা কৎকনী। অস্তিকা খুমলকই, মহারাজ, ঐনা পাম্বা হায়জো হায়রবদি যজ্ঞ অসি লেপ্পীরো? মশিং লাকক্লমত্রবা জীবকু ডিংসা তোবা লীন্ জাংপা তোকপীরো। মহারাজদগী ব্রাহ্মণ মচা ঐনা ভিক্ষা ওইনা বিজরী নিংথৌনা দান ওইনা পিনবীয়ু? অহ ওইরবদি ঐগী পেনব ওয়গনি। জন্মেজয়না হায়খি—হে ব্রাহ্মণ ঐগী যজ্ঞ লেপ্পা হায়বিগনু সনায়া, লুপায়া, মণি মুক্তায়া অতোপ্পা করিগুম্বা অমদা হায়বিয়ু ঐনা ব্রাহ্মণগা পেনবা দান কক্লগে। অমুয়া জন্মেজয় নিংথৌনা হায়খী, অস্তিক মুনিনা হায় মহারাজ! অতৈ পামদে যজ্ঞ লেপ্পীরো লীন হাংপা তোকপিরো অমুয়া অস্তিক মমিৎ ২ দা প্রেমগী থারনা গঙ্গা ঈংহৌরকপগুম শিম্নহুনা, নিংথৌগী মক্তমদা হয়া

হন্না হায়জরকই। মিংথোনা হে-মুনি অতৈদা, লৈপাক কোমুং কাওবদা অমা লীগে. হায়রিয়ু, যজ্ঞ অসিদদি হায়গন্, ঐগী য়েকনবা হাংত্রি, ঈপা হাংপা লমন শিংজগে। অস্তিকনা হায়রকই মহারাজ তক্ষকপু শিখ্রবদি, ঐনা মহারাজগী মফমদা দান নিরুহনা কায়ত্রে। দান পিগে হায়রবদি যজ্ঞ তোকপীরো লিন্গী শাগৈগ্র কনজরগে। নিংথোদা ঐনা নিজরিবা দান্দি অসিনা, দান পিনবিরো অস্তুম্না অস্তিকনা হায়। মহারাজদী পণ্ডিতনী পণ্ডিতনবু অস্তুম তোবা হৌনত্রা? নপাবুং ইবুঙো শ্রীপরিক্ষিততি মপুন্সি লোইহনা নোঙাখ্রবনী। অহুগীস্তু মথক্তা নপাবুংনা ব্রাহ্মণা লীন অসিবা য়েংশিন্দুনা লংজরুবদগী ব্রহ্ম শাপ তৌথিবনী। তক্ষকনা মবুকথোকনা হেক্তা চিকপা নত্তেনা মহারাজ! মানা-মানা তৌবা কর্ম্মগী মহৈহ মানা মানা অহুমক ফংবনি, মরাগ পিকম থোক্তবা তক্ষক্তা নত্তনা মশিং লাকতমহবা লীনগী জাৎ কয়া কয়া মাংহনখরবনো, অসিগুম্বা হিংসাগী থবক অসিদা, অস্তুক য়াম্বা প্রজানা অথাম্বা অমত্তা য়াওদবা অসিস্তু অডকপনি। নিংথোনা বুদ্ধি য়ুম্না য়াথদ তৌবিয়ু, ঐনা পাম্বা হায়য়ু পিগে হায়দোকখরগা, অপাম্বা হায়রে পিনিংত্রে ঐনা করি অমুক হায়কম লৈজত্রে নিংথোগী বুদ্ধি য়াথগ মঙাইয়ে। হে মহারাজ অহিংসা পরম ধর্ম্ম, শাস্ত্রগী বচন মাসিবু ব্রহ্ম সভানা থনবীয়ু, অসিগুম্না অস্তিকী লেংবা য়াত্রেবা উচুক য়ৈবগুম্বা য়া অসি ভাবদা। নিংথো অমস্তুং মুনি, পুরোহিত অমস্তুং প্রজা পুম্নমক ইকাইবগা লোইননা উম, চুমই, ২ হায়না মীপুম খুদিং তুমিন্না লৈনখি। ভাইহাক লৈরগা পুরিক্তনচিংবা মীয়াম্না। ব্রাহ্মণ মচা অসিনা অপাম্বা পীখীবনা ফগনী, হায়দোরক্লে। প্রজাগী পুকনিংগী য়া থংলহনা অমস্তুং মাংহাকনা হায়দোকখীবা য়াহৈ সত্য ভাকুনা। অস্তিক্তা নংনা নীংবা থুংজখরো হায়খী। নিংথোগী য়াহায় দান অসী কওওবদ, অস্তিকা মাগী মামা ভাক্কক, যজ্ঞদ সিহৌত্রিবা লিনগী জাংস্তু লোইনা কন্থরে। যজ্ঞ লোইশিনবীরো হায়না, জন্মেজয়না হায়রখী। ব্রহ্ম সভানা যজ্ঞ পুর্ণা হুতি পিতনা লোইশিনলে, মিংথোনা ব্রহ্ম ভুজন দান লোইথরে। নৈমিষা কানন্দা য়ারী তারিবা ব্রাহ্মণ ময়াংগী মরক্তী? শৌনক মুনিনা য়ারী লীরিবা সৌতি মুনিদা হায়খী জন্মেজয়গী লিন্ যজ্ঞদা মৈদা চাকুনা শিথিবা লিন্শিং অহ? লিশিং নৎত্রেগা লাক্ক কয়া ওইথরবা; অমস্তুং মমিং, মচু করম্বা অমুক্তা হন্দুনা লীবিয়ু! শৌনকপাচিংবা মুনি ময়াম্না হঙডকপা য়া অসি তারগা। শাস্ত্রগ্য ওইরবা পুরানগী য়ারী লিরীবা সৌতিনা থুমই? ব্রহ্ম সভাবু যজ্ঞদা য়াওথরবা শিথরবা লিন্গী মমিং মশিং, শুনা হায়রবা ঐনা ভমলরোই তৌইগুম্স্তুং ঐনা মিংশিংবা য়াবামথৈ চাওরাকনা হায়জরকে তাখিয়ু। বাস্তুকীগী শাগৈদা পোকথরবা অশাংবা, অঙাংবা, অঙৌবা, য়াম্না চাওরবা অকিবগী শকফম্ ওইবা অমস্তুং মহু কম্নবা, মমা কদ্রূগী শাপনা জন্মেজয় নিংথোগী যজ্ঞগী মৈহুংদা তাহনা শিথিবা লিশিং লিশিং কয়া ওইথরবনী। মথোয়গী মখিংশিং অহ ঐনা নিংশিংবা থোকপা মথৈ মমিং হায়রকে তাবীয়ু। য়াংকাক ওইবা থরগী মমিং অহদি:

কালবেজা, পুলশল, পাল, হলীমক. মানস, পিচ্ছল, কৌনপ, শরণচক্র, হিরন্য বাহু, প্রকাশন, কালদণ্ডক; বাসুকীগী বংশনি । তক্ষকী শাগৈদা পুচ্ছাণ্ডক, মণ্ডলক, পিণ্ডসেক্তা, ভগরজেনক, বিষতেজ, শরণ্ড, উচ্ছিখ, বিরোহন, শিলি, করমুক, সুকুমার, প্রবেপল, শিশুরোমা, শালিমুদ্দার, সুরোমা, মহাহনু, অসি মথৈ তক্ষককী শাগৈনি ? মৈমুংদা চংহনা শিগ্রবনি। পরাবত, পারিজাত পাণ্ডর, হরিণ, কৃশ, বিহঙ্গ, শারভ, মেদ, সংহ তাপন, মসিমথৈনা ঐরাবতকী শাগৈনি, মথোই লোইনমক্ শিগ্রবনি। কৌরব্য কৌবা লিনগী শাগৈদা পোকপা কুমারক. বেনী স্কন্ধ, শৃলবের, বেনী, এরক, কুণ্ডল, বাহক, ধূর্ত্তক, প্রাত, কৌবারত, মথোই অসিসু শিগ্রবনি। মথোইশিং অসি মতোক লিশিং পানবদগীনা হম্বরকপদা অমত্তা পানবা ফাওবনী । সৌতিনা হাই—তাবিয়ু ধৃতরাষ্ট্র কৌবা লিনগী শাগৈদা পোকপা শাফু কল্লবা, মহুসু কল্লবা—শঙ্কুকর্ণ, পিঠারক, প্রহাস, শকুনিদরী, সুষেন, বিংচেপিক, মানস, অগার, অষ্টাবক্র কোমলক, মৌনবেপক, পিণ্ডারক, উদপাবক, পট্টপাবক ধরাহক, সব্বসারঙ্গ, সুচিত্র, বীরনক, তকনক, রঙ্গাঙ্গ, পরাশর, মনিস্কন্ধ, সমৃদ্ধ, অরুনী অসিনি । তাবিয়ু ব্রহ্ম সভাবু ঐনা হায়খ্রিবা মমিংশি অসিদি ময়াম অহুগী লুচিংব ওাকনি, মথোই অমমল্লা পুবা মাগী মাগী কাংলুপ অমসুং মচা মশু কয়া কয়া লেপ্লবনি মথোই থুদিংমক চিথদহনা ঐনা হায়রব ভম্বা নংত্রে, লিশিং লাক কয়া মৈমুংদা তাহনা শিগ্রবনি । মথোযগী মৈদা চাকপা মনমতনা মী পুম্নমক লৈবা ভমনখিত্রবনী । মশিং থাবা ভস্মরোইদবা মৈমুংদা উংওইহনা তুমখিবা অসী নংলমত্র মদী পৃথিগী মীয়ামনা রানরমগনি । মকোক্তনা অনি লোংবা ৫।৭।১০। অমসুং ১০০ লোংবা কয়া ৫০০/৭০০ মতোক্লসু ৮০০কয়া৯০০লোঙবা পানবা কয়া কয়া, মশ নমু চাওর চাওরবা, শাংলবা মুথক ১/২ ফাওবা শাংবা য়াওগ্রবনী । শকুওইদা মথোইনা ওন্নিংবত্তা ওনবা ভমলবা, মথোইগী মহুনা কন্‌থদি মৈনা চাকপগুম তুম্নবা অসিগুম্বা মতিক মগুন চাওরবা লিন কয়াগী থারা জন্মেজয় নিংথৌগী যজ্ঞদা মমাগী শাপ্পা তুমনা চাকথরবনী । মতাং অসিদা অস্তিক মুনিনা লিন কনখিবা লোইরে । মহাভারতকী য়ারী অসিদি অমৃতগী মশকনী । ' তাবদা পাপ কোকতুনা পুন্যগী শরুক ফংগনি । শ্রীব্যাসনা লেংখরবা ব্যাস বাক্যদি সোইত্রবা বেদবাক্যনি ইতি । হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

— — — —

## অধ্যায়

## অস্তিক মুনিদা মাতুলশিংনা বরপিবা অস্তিক্লা লিন হাংপা বারী মতাং।

শৌনক মুনিনা হায়রকই সৌতি, অস্তিক্লা যজ্ঞদগী কক্রগী মচা লিন লিশিংবু কনখ্রবা অদুগী মতুংদা লিগ্না, অস্তিক মুনিনা কমদোঔখিবগে মথা লিবিয়ু। সৌতিনা হায়রে তাবিয়ু মহামুনি ঐ লিজরগে অস্তিক মুনি যজ্ঞ মফমদগী হল্লকতুনা নাগলোক চৌরকই। মমাগী মফমদা পাও তমলগা খুরুমজতুনা বিদায় নিজরকই ঈমাগী য়াথ ঙাকতুনা মমাশিংবু জন্মেজয়গী যজ্ঞদা শিরগদবদগী কল্লরে। হৌজিক লিনগী লৈশাক্লা লৈজররোই। বন্দা পিতৃসক উজারগীদমক লাই নিংজখরগে। অসি হায়তুনা মমাদগী বিদায় লৌবগা, মাতুলশিংবু খুরুমজরকই ; বাসুকিন চিংবা লিমশিংনা হায়রকই। মামখোইদ পেল্লে নংনা পাম্বা বোর অমা নিহ্ন ! অস্তিকনা মী ওইবা লোকো ফনবা থন্দুনা নিরকই। তিল সন্ধ্যাদা অস্তিক্লা হায়বা ঐগী মিংবু শোঞ্জরীবা মী অদু লিম্না চিক্কবা চিকরবসু হু কাদবা পানবীয়ু। বাসুকীনচিংবা লিন 'লি'শংনা হায়খি ? এবমস্তু, মাত্তমক ওইবসনু ? অস্তিক হায়বা নাম শোল্লিবা মী অদুগী মফমদা লিন চংদবা ওইরসনু অস্নুনা বোর পিখি। মাতুলশিংবু খুরুমজতুনা বিদায় লৌরগা অস্তিক বন্দা চংখিতুনা লাইনিংথি মশুম কয়ামকমগী মতুংদা লিন ওক্কবা অমনা অস্তিক মুনিমক্কা চিকলুবে। মুনি শাওত্থনা বাসুকগী মফমদা থুডঙখি। বাসুকীবু খুরুমজতুনা হায়রকই — মামখোয়গী খারলিনশিং অসি য়াম্না ফও, ঐঙোনমক্কা চিকই অতুনদি ফত্তবা লিনশিং অসি থমলবোই হাংলগে হায়রকই। মাদু তাবদা বাসুকী ইকাইবা অমা ওইবগা লোইননা হায়বকই ? মপা মপুগী মগুন চাওবা লিনগী জাং অদু মনিং তমনা হাংলুরো হায়খরে। অস্তিক মুনি মথুক্তা দগু পাইতুনা যোগ শক্তিনা য়েংতুনা থিরগা জগৎকী লিন মশিং লাকডমদনা হাংখরে। মুনিনা থিরকপদা গর্ভপুবা লিন্দু অমা থেংনতুনা হাংকে তান্নরকই মুনি উবদা নাগীনা অদু মায় শক্তিনা পাইতুনা চেল্লি ? মুনিনা যোগ শক্তিনা তাল্লী ? মরোল অহুম থংনা চেন্দুনা লাইদা গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, যক্ষ, রক্ষ দানব থৈবিক্ক কনবীয়ু। হায়জরকই অস্তিক মুনি কিতুনা কনা অমত্তা কনবীরকত্রে। অকোনবদা কৈলাশ চৌরক্তুন মহাদেবদা কনবীয়ু হায়রক্তে, মহাদেবনা য়াদে, অস্তিকী চৌরক্লে। কিতুনা তৌবা জন্মী নাগীগি থাগী শক্তিনা পিকশিনখিবনা মহাদেবগী শরদা তিনশিনাখতুনা। গর্ভ য়োনা চংহুনা লৈখরে আত্তকনা মাদু যোগ শক্তিনা উই শিবগী চরনদা খুরুমই হায়রক্তে। প্রভু ঐনা হাংকে তাজরকপনি পুংখোকপীয়ু, মহাদেবনা খোকলকউ হায়বা য়াত্রে, শিবনা হায়রকই মুনি ঐনা কনবা নত্তে তৌবা জদগী মালা চংখিবনী। খোকলকউ হায়বা য়াত্রে কগম তৌসীগে হায়রকই। অস্তিকনা হায়রক্তে ফ

প্রভু লৈহৌরসনু, অতৈ হাংলুখিগে হয়েং মানা থোক্লকপা মতমদা, হাংলগে হায়রমলগা মুনি সদা শিববু খুরুমলগা চংখরে।লিন অমোম অহ্ কিবদগী অহম লৈহুনা শঙ্করগী পুকনুংদা মচা ৭ পোক্লে মচা কোন্দুনা লৈবনা থুমিং কুইরক্লহুনা মচা চাওরে। মচা ৭ কা মমা মচা ৮ অসিনা মহাদেবগী গর্ভদগী চিঙ্গাক লোহুনা মুণ্ডাইনা হিংহুনা লৈবে মহাদেবদা লিনশিংহুনা দেহেগী রসবু চুপথোকতুনা চিঙ্গাক ওইহুনা লৈবদগী, পুক কংথোকলে য়াং কংশিল্লে ওক চেংলে লেংবা থিনবনা হৌগংপা চংপা ঙমদ্রহুনা, মপান থোক্তনা লৈরে। দুর্গানা নন্দি ভৃঙ্গি থাহুনা "অশ্বিনী কুমার, ধনন্তরি" মাইবা কৌহুনা লায়েংবদা গর্ভদগা লিনবু তানথোকপা ঙমখিদরে।

মহাদেবগী মতৌ উবদা, ব্রহ্মানচিংবা লাইয়াম কৈলাসদা থুংলরে? শিব দুর্গাবু খুরুম্মী। ভুতনাথনা হায়রকই, ঐগী গর্ভদা লৈরিবা লিন অসিবু তানথোকপা ঙম্মি! হিদাক মন্ত্র খংবা কনা লৈবগে, লাইয়াম নথোইনা উপায় অমত্তা তৌবীয়ু। ব্রহ্মানা হায়বকই. প্রভূ লিন্ তানথোকপা ঙমগদবদি ঋষভমুখ কৌবা মুঙ্গি দা গানবন্ধ কৌবা মকু অহুতনা ঙমগনি? মাবু কৌবিয়ু অমুক্তা হায়রক্লে। ব্রহ্মাগী রাহায় অসি তারবদ, পার্ব্বতীনা নন্দি থারে ঋষমুখ গিরীদা তপ তৌহুনা লৈরীবা মকু গুরুগী, মফমদা য়ৌবক্লুনা নন্দি খুরুমহুনা হায়রকই। হে গুরু কৈলাসদা অমুক্তা লেংবিয়ু, প্রভু মহাদেববু গর্ভদা লিন চংখিহুনা লৈবদগী, লিল্লাই চুহুনা লেংবগা থিনবগা হৌগং কাংখংপা ঙমদনা লৈরে। লিন তানথোকপা ঙমগদবদি গুরুতনা কৌ হায়রনা ব্রহ্মানা তাকহুনা লাকচনি? প্রভুগা ইমাগনা লুনা হায়রকই অমুক্তা য়ৌবিয়ু। নন্দিগী রাহায় অসি তাবদা, গানবন্ধ মকু গুরুনা হায়রকই; হে নন্দি অহুগীদমক ওয়রবদি ঐ য়ৌদ্রবহ্ য়ানি? হিদাক মন্ত্র অহ্ ইরগা পিগে অসি হায়হুনা মকু গুরুনা হিদাক মন্ত্র চেদা ইরগা চেংনা চাজুম নমশিল্লগা নন্দিদা শিন্নরে। হে শিবদাস নংসি পুখবো প্রভুদ, কংলু হিদাক অহু লাংবিরগা মন্ত্রসি ৭ লক শোল্লগা ৭ নিদং চাবিয়ু? লিনশিংহু লৈবা ঙমদনা থোকলক্কনি। থোরকত্রবদা গর্ভদা অহুম ভুমখিহুনা খনংবা শোয়দনা কোক্লগনি? ঐনা প্রভুদা খুকমঙ্গহুনা কচ্চবকই হায়না নন্দি নংনা অসি হায়হুনা কংলু। নান্দ মকু গুরু খুরুমলগা, পত্র পুহুনা কৈলাসপুরি য়ৌরকগা, মহাদেবদা মকু গুরুগী পাও তম্বগা, পত্রহ্ কংলে। ব্রহ্মানা হায়রকই, প্রভু হৌজিক্তি রাবিরুগনু মকু গুরুনা হায়রকপা হিদাক তৌবিয়ু? সোইদনা ফগনি। ঐখোয়সু হঞ্জরগে অসি হায়রনা শিব দুর্গা কুরুমলগা দেব সভা হনখরে। দুর্গানা হিদাকতু লাংহুনা শিবনা মন্ত্রহ ৭ লক শোল্লগা ৭ নি চাবদা, লিন মমা,মচা ৮হু লৈবা ঙমনহুনা ৭ নি শুবা থুমিংতা মহাদেবগী গর্ভদগী নাতোন্দা, নাকোংদগী চোংথোরক্লে। খুদক অহুদা যোগ শক্তিনা উরহুনা, অস্তিক মুনি থুংলরে, মুনি উবদ কিহুনা লিন মমা মচাশিংহু সিবগী চোবো দা কপ্পুনা থরাইদদি কনবীয়ু হায়রখি। মতৌ অহ্ উবদা আষুতোষনা হায়রকই, হে-অস্তিক মুনি লিনশিং অসি ঐগী গর্ভদা পোক্লবনী, ঐগী ইচা হায়বহু থোক্লে, মথোইগী মথরাই কনবিয়সি। সাদা সিবগী থোঞানবীবহু উবদা অস্তিকনা নথোই হিংজহোরো হায়রগা পার্ব্বতী নাথবু খুরুমলগা

তপখোজ্বা হনখরে ? লিন হাংপগু অহুদগী তোকখরে। পেনবীহৈবা মহাদেবনা হায়রকই, নখোই ৭ অসিদি ঐগী গর্ভপুদা নমানা পোক্লবনিনা, ইচা হায়বহু থোক্লে মরম অসিনা নখোইদি অরানবা ভৌলম্ম। রায়েন চুম্না চংলু। নখোই ৭ কি থারানা লাই সলাই ৭ থোক্লা পৃথিবীদা লৈরগনু। তাইবংমীনা নখোইবু উনবা অমমুং সোর শমিন্ ফংবদা; লাই নংখোইগী ময়েক মাংবা রাদহুনা, লিক্লাই পকপা; মহাদেবা ঐনা তৌরবা অমুম্না অরাবা তারগনি। মতম অহুদা রারী অসি খংবা মাইবনা, হিৱাক মন্ত্রসি থাবদা লাইচুবা লিক্লাই কোকপা ওইসনু। অমুম্না বোর পিরগা থাদোকখী নখোই ৭ সিদগী শলাই ৭ থোক্লা পৃথীদা শন্দোকখী। [redacted] অসিনা লাইনা সৈত্য ডাক্লা রায়েন কাইদনা চংলিবা অসীনী অসিগুম্বা অস্তিক মুনিগী মগুণ লিনগী লমচং রারীবু মীওইবনা পুক্লিং চংনা তাগুরবদি লিন্দগী অকীবা কোক্লমা। পুন্যগী মগাক্সি অমৃতপা মাল্লরবা মহাভারত আদিপর্ব্ব শ্রীব্যাস মুনিগী রাথংনৗ। (ইতি। হরি হরি হরি)

# অধ্যায়

## জন্মেজয় নিংথৌনা ধর্ম্মবু য়েক্লরকপা রারী মতাং

সৌতিগী মফমদা শৌনকনা চিংবা মুনি ময়ামনা অমুক হংই, উগ্রসর্ব্ব সৌতি নংনা লিরকপা রারী অসি তাবদা পেনবা নাইহ্রে লিনগী যজ্ঞ মতুংদা জন্মেজয়না কমদৌরকইবগে মখাগী রারী অমুক লিয়্? সৌতিনা হায়রে তাবীয়ু মহাত্মাশিং, পরিক্ষিতকী মচা জন্মেজয়না, পাত্র মন্ত্রি লোইনা কোনুংদা কৌশিন্দুনা হায়রকই, ঐগী থমোইগী মুংডাইতবা মৈচাক অসী কোকপা রাজ্রে ঐনা রাথল তৌবদা ঐগী য়েক্লবা হায়বসি, ব্রাহ্মণ নত্তনা অমা লৈত্রে, ধর্ম্ম লৈবদা জগৎতা কাওরবা ইপানি, দোষ মতিক চাদনা শাপ তৌদুনা মহাংখী। ইপাগী য়েক্লবা হাংকে তৌবসু ব্রাহ্মণনা থুগাই, যজ্ঞ তৌ নপাগী য়েক্লবা হাংলু হায়বসু, ব্রাহ্মণ্না হায়দুনা অয়েম্বদা মরাল লৈতবা জিবা কগাবুবু মাংহল্লুবা, ওক্ককপুসু হাংহন্দবা। অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী লমচং কত্তবা অসিগী মৈনা থমোই অসি চাকে। ঐনা পৃথিবীগী মপু ওইরি, অহুবু খজিক্তা কাওবা উশিংতবা ব্রাহ্মণশিং অসী অহুবৈগী কার্ত্তবীর্য্যগী থারানা ভৃগু ময়ুমগী ব্রাহ্মণশিংবু; গর্ভদগী শোইহুনা হাংখিবা অহুগী মতৌগুম্না ব্রাহ্মণ হাংলগে হায়খিবা রাহার অসী ঐগী অচেৎপা রাশকনি। মন্ত্রিশিংগী রাথল করি লৈবগে হায়মু, অসি তাবদা পাত্র মন্ত্র পুকনিং মুংডাইতহুনা, তুমিন্না থুমদনা মরু লুকহুম্না লৈনখরে। জন্মেজয়না মন্ত্রিশিংদা অমুক হায়রকই; মন্ত্রি নখোইনা অমত্তা থুমদবা করিগীনো ? রাসি : তাবদা মন্ত্রিশিংনা থুং লোক্লহুনা হায়রকই, তাবিয়ু মহারাজ, তাকপীখীবা রাফম অহ্ রাজা তক্ষকীরবা

য়াফম্রি ? মরমঅদুনা য়াওাংবা ওমনত্রদুনা লৈবনি। ব্রাহ্মণ হাৎশি হায়বা মন্ত্র নাবু কনানা হায়বা ওয়রোই ? হৈহয় বংশগী ক্ষেত্রিশিনা ভৃগু বংশ হাৎলুবগী দণ্ডীবু জগত্তা কাওনা লৈখরবী। অদুগুম্বা ভৃগু বংশদা পোকপা প্রশুরামনা, ক্ষেত্রিবংশবু কুম্মাথোইরক হন্না হাত্তুনা। ক্ষেত্রিগী ঈমা পৃথীবু স্নান তৌহনখী। ব্রাহ্মণগী ঔরসদগী ক্ষেত্রি অমুক শন্দোকখিবনী, য়াথং অমনা জগত সেম্বা, য়াথং অমনা য়োকপা ওম্বা, য়াথং অমনা মিৎকুপ্তা উৎ ওইহনবা ওম্বনী। মৈনা চাকপা, মমিৎকী তেজনা চাকপা, লিঙ্গচিকপা প্রতিকারলৈ, ব্রাহ্মণগী অশাওবা মৈনা চাক্লবদী উপায় অমা লৈত্রে। মহারাজনা ব্রাহ্মণদা হাংকে লেপ্পীরবদী, যুক্তি অমা লৈ মাদু হায়জগে: ব্রাহ্মণনা তেজ লৈরিবসি কুশ লৈবদগীনী। কুশ লৈত্রবদী ব্রাহ্মণগী থবক পুম্নমক মহৈ য়াল্ল রোই ? তেজমু লৈরোই মগুন লৈরকত্রবদী ধর্ম্মসু মাংলকনী ? ধর্ম্ম লৈরকত্রবদি মরনাই তুম্না মাংজখরগনী। মন্ত্রিশিংগী মন্ত্রনা অসি ভাবদা। জন্মেজয়না হায় হস্তিনাগী লৈতৌবা পুম্নমক কৌখৎলু য়োৎপাক্লা তৌথায়দুনা লোয়না ফুকতোকহন্সি। মন্ত্রিশিংনা হায়রকই, মহারাজ মাদুসু মীনা থংনরক্কনি, মীনা থংদনা কুশ মথোংদা শঙ্গোম চুহি চিনী হৈজিল্লগা।। ককচেং ওনদুনা কুশগী মকচিকথংচনি; অদুম্না মরনাই শিহন্সি। অদু ওইরবদি ব্রাহ্মণ শিংনসু থংলরোই ? মহারাজগী নিংবসু থুংলগনী, বাসি ভাবদা নিংথোনা য়াথং পীদুনা পত্র ইরগা দেশখুদিংদা থাদুনা।। কুশ হাৎনবা থবক হোৎথরে। দেশ খুদিংগী কুশ লোয়না শিজিলক্লে, ব্রাহ্মণশিংনা কুশ কংনরকত্রদুনা যজ্ঞ কর্ম্ম য়ারকত্রে ? ব্রাহ্মণশিংগী ধর্ম্ম কর্ম্ম কাইরকপদগী, ব্রহ্মতেজ লোইনা মাংলকলে। নোংমা নোংমগী ময়াং কংশিল্লক্লনা ' ব্রাহ্মণ মথৈ ভুরোই ওামলোই তৌরক্লে ? মফম মফম খুদিংদা 'হাহাকার' মাংলে মাংলে হায়নরক্লে। মতৌ অসিবু ব্যাসদেবন উরদুনা, হস্তিনাদা লেংলক্লে ? জন্মেজয়না ব্যাসবু থুক্রমজৈ আসন থাই মতিকচানা পুজা কংলী। ব্যাস মুংঙাইনা আসনদা ফমলগা নিংথিবা য়াহায়না হংলকথি; মহারাজ ঐনা বদরিকাশ্রমদা পাওতারে ? ব্রাহ্মণ য়েক্লরিবা অসি করি বিচারনো ? ধর্ম্ম পূম্নমক থঙলবা সাধুতা ওটবা মহারাজনা, অসিগুম্বা হিংসাগী রাখলবু, কমদৌনা পোকখিদুনা। শন্দোক হনখিরবনো ? ব্রাহ্মণগী অসাওবদগী মৈনা অঙ্গ ফত্তা লোয়না চাকখী ? ব্রাহ্মণা শাওবদগী সোংগোরগী মচামযাম তুমখী। ইন্দ্রনা ভোগাঙ্গদগী, মমিৎ লিশিংওইখী, অমসুং প্রশুরামনা শাওখিবদগী মরোন অদুম জয় তৌখিবনি,, অদুগুম্বা মীশকপু য়েকনরিবগী করি মরমগীনো ? মুনিগী য়া তারবদ জন্মেজয়না হায়রকই, দোষ লৈতবা ইপাবু উৎকুপা মাংহনথিবা! ইপাগী য়েকনবা হাংকে তৌবসু থুগাইখিবা! মরম অসিদগী মুংঙাইজদুনা তৌবনি। ব্যাসনা হায় নিংথৌ * অশাওবদগী ধর্ম্ম মাংই, ধর্ম্ম মাংখরবদি তুংদা

* তথাহি। সত্যং উৎপত্তি ধর্ম্মং দয়াধর্ম্ম প্রবর্দ্ধাতেঃ। ক্ষেমায়াং ধর্ম্মং স্থাপয়িতুম্ ক্রোধং ধর্ম্ম বিনষ্যন্তিঃ ॥ ইতি ॥

নশাস্থু মাংলক্লনি „ মরম অসিনা ব্রাহ্মণবু য়েকনক্লগনু , পুকনিং তপংথো। ভবিষ্যতকি রাশি কনানস্থু ককপা ঙমদবানী „ নঙ্গি নপাবুনা পোকপা মতমগী কোষ্ঠী ইবামতাংদা, পণ্ডিতশিংনা জন্মফল হোত্নুনা য়েংবদা। প্রারব্ধগী ফলনা লিন্না চিক্লুনা শিগনি। দান ধর্ম যজ্ঞ কয়ানক্লমদ তৌরগনী। ধর্ম চেকশিন্না ঙাককনী, অথোয়বা বৈষ্ণবকী লমচৎ ওইরনা হায়বশিঙ্গু থংথরবনী। মরম অসিনা নপাবুং শিখিবগীদি রাক্লগনু ? লাইবোংদমনা কনথীবনা থোকথিবনি, অসি থংদহুনা অরেম্বদা ব্রাহ্মণ য়েক্লক্লরিবনী। মহারাজ হিংসা থাদোকলো। শ্রীব্যাসমুনিগী রাহায় তাবদা, রাথল হোংলকতুনা কুশ হাংপা তোক্লো হায়না অমুক থামথী। জন্মেজয়না ব্যাসগী মফমদা অমুক হায়জরকই ? গুরুদেব ঐদি মরাল লৈতবা লিন কয়া হাংলুরে ? ধর্মবুস্থু হিংসা তৌরুরে অসিগী পাপ্পা নরকুগী লানবা ঙমলরোই। মমাংদৈদা ইবুধৌশিংনা, শাগৈগাংপগী পাপপু কোক্লব মুনিনা তাকপীহুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ কৎপদগী শাগৈ হাংপা পাপ কোকথিবা অদুগুম্না ঐস্থু অশ্ব মেধ যজ্ঞ তৌরগা। পাপ কোকচরগে। জন্মেজয়গী রা তাবদা ব্যাস মুনিনা হায়রকই মহারাজ যজ্ঞ তৌরুগনু চৌজিক কলিযুগ ওইরে * যজ্ঞ তৌবা য়াররোই। শাঙা কত্নুনা শোরাং শোনব যণ হাংপা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌবা, সন্ন্যাস ধর্ম চংপা, মনাও মুপিদা থার পীবা মঙা অসি কলিদা তৌরোইদবনী হায়না বেদনা হায়রি। মুনিদেব ঐবু বিঘ্নি পিগদবা জগত নৈরোই ? যজ্ঞসি সোয়দনা পাংথোক্লগনী। ব্যাসনা হায় হে নিংথৌ নংনা তৌগে হায়রবদী তৌ; বেদনা য়াদববু ঐনা তৌ হায়রবদা ঙমদে ? রা অসি হায়রমলগা মুনি মাংথোকথরে। জন্মেজয় নিংথৌ যজ্ঞগী মপোং লাংলগা পৃথিগী ব্রাহ্মণ পুম্নমক বার্ত্তণ তৌহুনা কৌরে। যজ্ঞ নৈরং মৈ হোংহনা শগোল থাদোকলে। অকন অথৌ তেঙ্গোল পুহনা সেনাপতিনা শগোল ঙাকপা বিজয় চৎশরে। বপুষ্টমা রাণীগা লোইনহুনা অশি পত্র কৌবা ব্রত কৎতুনা রাশকথাং থমহুনা সঙ্কল্প আনন্দ ফমথরে। মুনি লিশিং কুন্না হোম পিথী, চহি অমা চুপনা বিজয় চৎখিহুনা দেশ খুদিং শগোল্না কোইরকপদ নিংথৌ পুম্নমক ঙমহনা সেনাপতি শগোল হঞ্জিল্লক্লে। মধু পুনিমাদা যজ্ঞগী শগোল নিয়ম চুরা লাংতদা নৈরং মনাক্তা পুশিন্দুনা ; থাংনা মডক কক্লুনা থাদরকপা মতমদা ইন্দ্রনা বেদগী নিয়ম ঙাক্লনা জন্মেজয়না তৌরিবা অহু উবদা শাওহনা ইন্দ্রদেব মায়ানা শগোল মকোক্তা চংখিদ্রুনা সভা ময়াইদা জগোয় শারক্লে। বেদগী নিয়ম কায়বদা শগোল মশার ইনা ফং কাখহুনা তাথরে ? উবক্রোব অহু উবদা সভা মীয়াম পুম্নমক মরু লুকথহুনা বিষ্ণু শোন্দুনা নৈমথী ? মতম অহুনা ভদ্র বিপ্র ব্রাহ্মণ মচা অমা, হৌগৎলকতুনা শগোল মকোক্তী জগোয় য়েংলগা খুবাক খুহনা

---

* তথাহি। অশ্বমেধ গবালম্ভঃ সন্ন্যাস পল পৈত্রিকঃ। দেব খনস্থু তোৎপত্তিং কলৌ পঞ্চ বিবর্জয়েৎ ॥ ইতি ।

হা হয়া নোক্লক্লে। ব্রাহ্মণ মচাগী মতৌ উবদা নিংথৌ থাংশাং পাইহুনা, মৈ হৌবগী মতৌগুম শগুথিবদগী চেলশিন্দুনা মওক ককথরে। উহৈত্রবা উপত্রব থরাই রাওনা য়েংলুবগী দোষনা ব্রাহ্মণ ভন লৈতবত্থ মথৰাই মাংলে। জন্মেজয় নিংথৌসু বেদবু থগুইদবদগী ব্রাহ্মণ হাৎপা পাপ ভান শিথরে। থুদক অওদা শৃঙ্গি মুনিগী মমাঙ্গী শাপনা প্রসিদ্ধ ওইরকতুনা শেত রোগ অহোরায়না মা। পুমথরে যজ্ঞ শালা অহু মাংলে ২ হায়বা ধোম্থোক্লা পুমনিম্নিল্লক্লে মতৌ অহু উবদা ব্রাহ্মণ শি অহু, হৌগংনরক্লনা লাওনরকই, ব্রাহ্মণ হাৎপা নিংথৌ অসিগী মমায় য়েংলুববদা ঐথোয় পা। শক্লক্লনি। যজ্ঞগী মমিংদা ঐথোয়বু কৌরগা! ব্রাহ্মণগী মাংয চাগে তৌরবনি? মাগী মপোৎ পাহৈক্রে, থাদোকলম্মু মানা পানবা লৈপাকসি রাংমা লাম্না চেল্লসি? হায়হুনা যজ্ঞ মাগুৰভগী ব্রাহ্মণ ময়াম চেনখরে। নিংথৌ ময়ামশু চংথরে। ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ, শুদ্র, লোইনা চেনখে, জন্মেজয় মতোমতা ভাইহৌরে। * মচা মনাই মহারানী কাওবা মন্নাকা লৈরে? লাইথুং পক্লে রাজ আসন ফম্বা মাদ্রে, গতি লেতবনা লৈবাক্লা ওর থোয়না কপলগা লৈখরে। অসিগুমলবা মহাভারত আদিপর্ব্বগী য়ারী অসিদি অমৃতগী মশকনী। তাবদা পাপ কোকতুনা পুন্যগী শরুক ফংগনি। শ্রীব্যাসনা লেংখরবা ব্যাস বাক্যদি সোইত্রবা বেদবাক্যনি ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥

# অথ্যান্ম

## জন্মেজয় নিংথৌনা ব্যাসগী য়াথংদগী মহাভারত তাবা হৌবগী

### য়ারা মতাং।

সৌতিনা হায়রকই তাবিউ মহামুনিশিং জন্মেজয়না কাংসিবা অরাবসী? সর্ব্বেগ্য ওইবা শ্রীপরাশর নিগী মচা, দ্বিপ্তা পোকই হায়হুনা দ্বৈপায়ন হায়না কৌরবা গর্ভদগী বেদ হৈরকই হায় না বেদ ব্যাস কৌরবা! কৃষ্ণ বর্ন্ননা লৈতেংবা অপাম্মু লৰীত ভুজ ওইবা। শক্ত্যাবেশ শ্রীব্যাসদেবনা উরকই। জন্মেজয়বু থৌজ্রান পীবিরগে খল্লহুনা মহাভারত পুরাণবু নাকন্দা কোন্দুনা য়েং ওইদা ব্রাহ্মণ পোররান লিশিং লিশিংনা থৌগল্লহুনা লেংলকপনা॥ জন্মেজয়গী মকমদা থংলরে। জন্মেজয়গী

---

মূল * তথাহি সুরদিনং বহুমিত্রানি দ্রুব দিনং মিত্র শক্রবত নীর শাবী যথা পদ্মং ভানু দহতি তংক্ষনাৎ। ইতি॥

যজ্ঞ মাঙৱতা মুমিং থোক্লকপগী মতৌগুম্না। ব্রাহ্মণ ময়াম লোয়ননা চানবীরে। জন্মেয়জ মনাক্তমী অমকাওবা লৈথিত্রবা কান্দা শ্রীব্যাসবু উত্তবদা নিংথৌ নোংথোংবগুম কপতুনা লৈবাক্তা ওন্থোইনা লৈখরে। ব্যাসনা থৌজানগী রাহায়না তাকপিরকই। হৌগংলু মহারাজ নচা ননাই পাত্র মন্ত্রিন কদাইদা চংখ্রে। হৌজিক যজ্ঞগী ফল ফংলবরা হায়রু? ব্যাস এত্তোন্দা হায়নিংদবা করিগীনো! করি ময়ম লৈবগে; ব্যাস মুনিগী য়াথং তাবদা জন্মেজয়না হায়জরকই। গুরুদেব করি অমুক হঙংসিগে; ঐ অভিমান্দা লৈরুবনা মুনিগী য়াথং শিত্তোকপুবদগী! হৌজিক লাইথুং পকলে। ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপনা ঈকোক থক্তা নল্লে? অশুদ্ধ দেহে ওইদুনা রাজ আসনগু কাবা য়াত্রে। মুনিদেবগী চোরোন শেংবা য়াদ্রে, ইচা ইনায় অমত্তা উথিদ্রে, ননাইবু অয়ুক্তা গুরুদেবনা পোকপীয়ু। জন্মেজয়গী মতৌ উবদা ব্যাস মুনিনা শুংশিবিদুনা; পাত্র মন্ত্রি ব্রহ্মসভা লোইনা কৌশিনখরে ব্যাসকী য়াথংদগী হস্তিন। সভাগুনা পৈরে, ব্যাস আসন ফমলে নিংথৌ য়েংদুন হায়রকই, হৌজিক্তি ঐ রা হায়গে ঐনা হায়বা ইন্দবদগী? নংনা দৰা অসি ফংবনী। নংগী অভিমান থাদোকউ রারুগা; পাপ পুমমক কোক্লগা! অশ্বমেধ যজ্ঞগী ফল ফংনবা রা হায়গে। শ্লোক লাক্ষ অমনা শেন্দা মহাভারতকি রারী অসি পুক্নিং হকচাং অমত্তা ওইনা থমোই শেংনা তারবদি, ব্রহ্ম বধগী পাপ নশাদা পক্লা লাইথুংসু কোক্লগা? অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈ অতু শোয়দনা ফংগনী! ভারত তাবগী ময়ম তক্কে মুম্না তাও, ঐনা হায়বসি থাজবদগী নপক্তা অমুবা থাকন থল্লু; মথাদা ফমলগা তাও মহাভারতকী গুণবু লিরকপদা, অমুবা থাকনগী মচু কোক্লকতুনা; অংৌবা মচু ওইরক্কনি। অথোয়বা পুন্যগী মশক ওইরবা জগত্তা অমগা চাংদমনিংতাই লৈত্রবা। ভারতকী কথাবু তাক্সরবদী শংথার মায়াদগী মুক্ত ওইদুনা? অরোইবা মতমদা লেপনা হরিধাম ফংগনী। ব্যাস মহামুনিগী চান্দা জন্মেজয়না অমুক হায়জ মুনিনা থৌজানবাদুনা মহাভারত লিবিরগা! ননাইবু তাহনবীয়ু মুনিনা হায়, মহাভারতকি য়ারীদী চাওই, ঐনা লিগদবা মতম শংদে। মনি অথোইবা, ঐগী শিষ্যদগীসু অথোইবা, লাইনিংথনা ময়ম ওইবা, শ্রীবৈশম্প্রায়ন কোবা ব্রাহ্মণ অসি? মহাভারত হৈবরা ঐগা চপমান্নরনি। বৈশম্প্রায়নবু লিহনগে অসি হায়দুনা ব্যাস মুনিনা, বৈশম্পায়ননা হায়রকই নংনা লিবিহনা জন্মেজয়বু? মহাভারত লোয়না তাহল্লু অমুক শিমবিদম্মগা মান্ন শিষ্যময়াম লোইনদুনা: শ্রীব্যাস মুনি বদরিকাশ্রমদা লেংখরে। ব্যাস লেংখ্রবা তুংদা তাকপীরম্বা মতুংইম্না অমুবা থাকন থনংংলক্কে। শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিবু মতিক চানা পুজা তৌরে; মহাভাবত পুরাণ যরয পচরগা লোয়ননা ঘোট পুজা কংলি? ব্যাস আসন থারে। হস্তিনাগী ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি বৈস্য শুদ্র পুমমক তাগদবগী সমনরে। বৈশম্পায়ন মুনি আসন্দা ফমলে মতিকচানা থোরিরে। জন্মেজয় নিংথৌবা মথুংলোয়জদুনা হায়রে, তাবিয়ু মহামুনি তোল্লবা ননাইবু মুংশবিহনা। মহাভারত য়ারীবু মথংশিংনা লিবিহনা। পাপ সমুদ্রদগী অমুক্তা লাপ্পোকপীয়। জন্মেজয়গী ভক্তিদা পেল্লবা

মুনিনা হায়রকই ; মহারাজ হৌজিক লিবা হৌরমদায়দা * শ্রীগুরু ব্যাসদেববু ? অমসুং (শ্রীকৃষ্ণবু) ত্রৌশিবুয়োরন তৌগদবনি। একান্তিক ওইয়ু, ঐনা লিরকপদা চিঙনবা য়াওরক্রবদি . ঐডোম্বা হং লকদবনী ; হৌজিক লিবা হৌরগে ? পুক্লিং চংনা ভক্তিদা শ্রবন তৌগদবনী। বৈশম্পায়ন মুনিনা মঙলা চয়ণ হৌরগা ? মহাভারত প্রথম অধ্যায়দগী লিবা হৌধরে। বৈশম্পায়না হায় তারো রাজা জন্মেজয় মহাভারত অসিবু তাজবা অসিদী, শ্রীগুরু দেব ব্যাসনা লক্ষ শ্লোকনা লেংবা অমকপা লৈত্রবা ধর্ম্ম নিতিগী মরম, রাজনিতিগী মরম, অর্থনিতিগী মরম, ভক্তি মুক্তিগী লম্বী, পুরাণ পুমমকী রারী শুরবা পুরানীনা মীওইবনা খংদবা য়াত্রবা চংকদব লম্বীবু খংনবা তাক্লবনী। শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণগী নাম গুন লিলা ওইবা। বৈষ্ণববৈষ্ণবীশিংগী চরিত্র ভক্তিগী তত্ত্ব কয়ামা থম্লবা। শ্রীকৃষ্ণগী বিরম্রো-সগী লিলানী। পৃথীগী অকম্বা লোথোক্নুনা; কংত্রবশিংবু দমন তৌরগা। সাধুশিংবু য়োকখৎ পিহুনা: পৃথীগী অকম্ববু কোকহনবিরবনী। শ্রীকৃষ্ণগী নাম গুন লিলা গ্রন্থ অসিবু ব্রাহ্মণশিংনা তারগা বেদ শাস্ত্রদা চাওখংলি ; ঈশ্বরগী সেবা অমসুং ভক্তি ফংলনী। ক্ষেত্রিশিংনা তারগা তেজ বির্য্য শক্তি পাংনা চাওখংলী; বৈশ্যনা তারগা ললোনবা লল থুম চাওখংলী ; শুদ্রজাতিনা তারগা মখোয়না শুক চংচবা ? পৃথীগী মহৈ মরোং পোংথোক হেলগংলী। মচা পোক্লবনা তারগা মচা ফংই, লাইরবনা তারগা লন ফংই, লাইনথুং পকপনা তারগা লাইথুং কোকই ? ভক্তি পাম্বনা তারগা কৃষ্ণ ভক্তিবু ফংজৈ। হায়রিবা অসি থাজত্রবদী তাজবগী মহৈ করিসু ফংলোই; অসি-গুবা রোস পুমমকনা শয়া লেংলবা। "ইতিহাস অসিবু" পুক্লিং চংনা তাজরিবা মুপী নিপা অহু ; হিংলিঙৈদা পুন্সি চাওখংলী ? অনা অয়েকপু কোকই। ধর্ম্ম অর্থ কাম মোক্ষ মরি অসি ফংই, শিরবা মতমদা মানা তৌরকপা পাপ কোক্লুনা ; মীহু যমগী যতনা লাম্হোকখিহনা ? সর্গগী সুখ ভুগ ফংই। শংসারগী পোক্ল শির নংলিবা ময়া লাম্হোক্লে হায়রবদী ; ভক্তিদা 'ঐ কান্তি ওইনা তাক্লগনী। মীওইবনা লন্তিংনা পাগল রানা মতমচংনা যজ্ঞ যাগ তৌরবগী ফল অহু ; মহাভারত তাজবদা লাইনা ফংই। অমসুং লন তিংংনা থোং রানা চংতুনা তীর্থ স্নান তৌ [illegible] পনাহু ? * ভারক তাজবদা লায়না ফংই। হায়রিবা অসি শ্রীব্যাস মুনিগী য়াথংনি ব্যাসগী [illegible], সায়বা য়াত্রবা বেদগী বাক্যনি, বেদ বাক্যদি ঈশ্বরগী বাক্যমরি ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

মূল * ও থাহি। ভারত শ্রবনে ত্রৌলি রামায়ন মহাবলি। ভাগবত শ্রবনে রাজা অত্রা রম্ভে : তদগ্রত : ॥ ইতি ॥

---

মুল * ও থাহি। ভারতশ্য : পদৈকেন : গঙ্গায়াং ত্রব স্নাচ : । বিষ্ণু স্মরন মাত্রেন : শর্ব্ব পাপ বিমু চংতে : ॥ ইতি ॥

# অধ্যায়

## লাই অমসুং গন্ধর্ব্বনা মীওইনা পোকপগী ৱারী মতাং ॥

সৌতিনা হায়জৈ তাবিয়ু :

ব্রহ্ম সভা বৈসম্পায়ন মুনিনা জন্মেজয় নিংথৌদা হায়খি মহারাজ, পুরাণ হায়বা অসি মমিং ১৮ অমসুং মশিং ১৮ নি। মতুদি :— ১। মৎস; ২। কূর্ম ; ৩। লিঙ্গ ; ৪। শিব ; ৫। স্কন্ধ ; ৬। অগ্নি। অমসুং ৭। ব্রহ্মাণ্ড ; ৮। ব্রহ্ম বৈবর্ত্ত ; ৯। মার্কণ্ড, ১০। ভবিষৎ ; ১১। বামন ; ১২। ব্রশাৎ॥ ১৩। বৈষ্ণব, ১৪। নারদ, ১৫। ভাগবত ( ভারত ), ১৬। গারুড়, ১৭। পদ্ম, ১৮, বরাহ পুরান মথোয় অসিনি : ১৮ অসিগী মরুংনা সৈরেং কাংলুপ অহুম ওই। কাংলুপ অমমম্দা ৬ তরুক্নি। সত গুন্না মপুং ওইনা লেংবা পুরান ৬ অমা, রজগুন্না মপুং ওইনা লেংবা ৬ অমা, তম গুন্না মপুং ওইনা লেংবা ৬ অমা অসীনী মহারাজা মৎস পুরাননচিংবা তরুক অমনা তম : গুননি। ব্রহ্মাণ্ড পুরাননচিংবা ৬ অমনা রাজ গুন নি। শ্রীমদ্ভাগবত কা মহাভারতকদি মশা অমতনি, ভারতনচিংবা তরুক অমনা স্বত : গুন ওই। অসিগুম্বা পুরানশিংগী মরক্তগী শ্রীমদ্ভাগবত অমসুং মহাভারত হায়বা অনি অসিদি হাকথেংননা তারুবগী মতুন্দি থগু থমথো, তাগেদা হেক হায়রুনা তানিংলকপদা, নিংবগা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংলবনি। প্রমাণ অমদি :- মমিং থোক্কে তৌরকপদা মশকউদ্রিবৈ, থোক্তিবৈদা অমম্বা কোকখিবগুম্বনি। অরুগুম্বা হেক নিংলকপদা পাপ কোকপা হৌথ্রবনি, জন্মেজয় মহারাজ ঐনা লিরিবা ৱারা অনিগী মতুংদা, চিংনব হংনিংবা য়াওরবসু হওওকউ। জন্মেজয় নিংথৌনা মুনিদা হায়খি, মহামুনিগী থোজান্দগী মক মরু ওইবা কয়ামকম থংহনবিরে। হৌজিক্তি ইবুধৌশিংগী ৱারীবু হায়থ্রবা অমসুং হায়খিত্রিবা, পুন্নমক মপুংফানা তাজনিংই। লাইগুম্না কল্পবা, কতরবা মহাবথীশিং অহুনা পৃথীবী অসিদা কল্লম্বা, অমসুং থোকখিবা থোদোকী মরম পুন্নমক শন্দোক্না লীবিয়ু। মুনিনা হায়খি, মহারাজ; লাইমরুসু "মহা-ভারত" পু মপুং ফানা লীবা ডয়্রিবনি, তোইগুম্বসু জগৎ শেম্বীবা ব্রহ্মাগী চরন্দা থুরুমজরগা লীজরক্কে। ঐনা মথক্তা লিবদা য়াওথ্রবা মতাং অসিদা; পন্দব, য়াদ্রবা থর অমুক লৌথংলক্কে। মমাংদৈদা যামদগ্নিগী মচাতুপা পরশুরাম, পৃথীবীদা লৈরিবা ক্ষেত্রিগী জাং মথৈ ওন্থোক্না কুপ্না থিহুনা অমুক্না নংতনা থোংকম ১ রক হাতুনা লোইখিবনী, গর্ভদগীকাও থাকখিদবনা জগৎতা ক্ষেত্রি শাগৈ লৈখিদ্রে। হৌজিক লৈহৌরিবা ক্ষেত্রি শাগৈ অসিদি, মতম অহুদা লৈহৌবা লুথ্রাবী ক্ষেত্রানীশিংনা ব্রাহ্মণ মপাদা চংজহুনা ধার নিবদা মতম চানা পিহুনা হায়বদি নিংউ নিংউব

কাম আশক্ত নত্তনা ঋতু কাল য়েংহনা পিবনি। ক্ষেত্রানীশিংগী গর্ভদগী পোকলকপা মচাশিংনা, অমুক ক্ষেত্রি হায়না ভসি কাওবা শন্দোকহৌরিবনি। ধর্ম্মগী মতুং ইন্না তপস্যা কল্লবা ব্রাহ্মণশিংগী মচানা ওইখিবনি, মরম অহুনা পোক্লকইবা মচাশিং অহুদি অশেংবা চায় ডাক্ত ওইবনা, মশক মতৌ ফজবা, লৌশিং শিংব। অমস্তুং পুনসি শাংবা ওইখি। মখোইদগী মথং মথং শন্দোক্লকপনা জাৎ মরি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শুদ্র অসি থাইদোক্লুনা; পৃথীবী শিনথুনা লৈখি। ধর্ম্ম কাইদে, কর্ম্ম যৈ, অহুগা মপাঙ্গল কনবদসু অমমমনা শামুগুল্লা কল্লি; মরম অহনা পৃথীবী অপুন্বা ক্ষেত্রিশিংগী ডাক্ত ওইরক্লে। নিংথৌশিংনা ধর্ম্ম নিতি চুমনা সাসন তৌবনা, ডোগ শোক, অরা মুংশি লৈরমদে। ধর্ম্ম কায়রবা মকমদদি নোংজু নিয়ম চুমনা, চুবনা পৃথীবীগী রসনা মপুং ফানা লৈহাও হেনগৎলমই। মীদা নত্তনা মতম ফবা কান্দদি শা যনতীল কোংরংনচিংবা। পৃথিবীদা লৈবা য়াবা জীবগী জাৎসু মপুং ফানা ফানা চংথোক্লমই। লৈবাক্লগী হোবা পাম্বীশিংসু মপুং ফানা চংথোক্লমই। মতম অহুদাদ জীবশিং অহুনা অবমৃতু, মতম চাদনা শিবা তৌরমদে। মুপী মুপা লেমিয়রিবশিং অসিবু চহি মতম চাস্ত্রিতৈদা অমদি কাল নত্তবদা শোক্ল শয়রমদে, তৌহৈদে অসুম্না চৎনরমই। মতৌ অসুম তৌনা "হে জন্মেজয় নিংথৌ" পৃথীবী মপুরমক শিনবা থুংনা পানখি। হুরানবা মীনশা ডাকু মীহাংপা ফত্তব কয়াবু লাকশিন্দুনা, যজ্ঞ যাগ্যদা পূক্লিং চংহল্লি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবকী সেবাদা থরাই য়াওহল্লি।

ক্ষেত্রিশিংনা থবক অকনবা, অচৌবা যজ্ঞবু ব্রাহ্মণশিং তৌহল্লি, ব্রাহ্মণসু থবক্লা চংথোক্লা তৌদুনা দক্ষিণা চাওনা ফংলমই। ব্রাহ্মণশিংনসু বেদ মরি, "ব্যাকরণচিংবা অঙ্গ তরুক্তা" লোয়নবা পুরাণ অমসুং ধর্ম্ম শাস্ত্রদা ইশিনমক্লি হায়না ? কল্লা হেংনরমই। শাস্ত্র য়োনহনা মমল চারমদে, জাৎ অচৌবমা, শুদ্রশিংগী মমাংদদি বেদ উচ্চারণ তৌরমদে। লোমী বৈশ্যশিংনা বণ অমোমবু শিজিন্নরমদে, অমশুং মচানা থকচগদবা শঙোমসু শুমদোকলমদে ? অহেনবা অহুত্তা শঙোম শুমদোকলমই। লল্লোনবশিংনা মীনশা থবক তৌরমদে, অচুম্বদ হায়রগা মাগী কায়নবা হাপহল্লমই। নিংথৌশিংনা তৌল্লবা লাইরবা থোংতেকপা মিংতাংবা অরাবা তারবশিংবু, লুনা চান্না য়োক্লপী ? ব্রাহ্মণবু বৈষ্ণবপু সেবা তৌই। মতৌ অসুম্না হে নিংথৌ কাল অহুগীদি অমত্তা অকায়বা চৎরয়মদবনা! খুদিংমক্লা অফবা ডাক্ত ওইরমই। ফনা ফত্তবা নিতি উরবসু পাবদবা লমচংপু ওইরবসু চুমনা তাকপি মীগী ধর্ম্মবু মাংহনবা; তৌরমদে। ধর্ম্ম অমত্তা ময়েং তারমদে। মুপী অমশুং বণবীনা, মত্তম চানা অফবা মচা পোক্লমই। সংসারগী ঋতু খিবিক্লা মত্তম কায়রমদে, ঋতু মত্তম চানা হৈপাল লৈপাল পাম্বী খুদিংনা শাংলি, পাললি। বৈশমপায়না হায় তাও মহারাজা হায়রিবা যুগ অহুদি মতৌ অসুম্না সত্য— অচুম্বা ডাক্তা চৎপা সত্য যুগ হায়বহুনি। হে ভরত শাগৈগা অথোইবা অসুম্না চাওথৎলক্লবদা নিংথৌশিংগী মুর্খীশিংদা (অসুর) হিংচাবাশিংনা চংলক্লুনা পোকপা হৌথরে। শিংলবা হীংচাবশিংনা মর্ত লোক্তা লাক্লগা পোক্লকপা অহুনা মীওইবগী মরক্তা মথোইনা অথোইবা ওইনা লাইওম্না তৌথৎলক্লে। মানা মানা চংনীংবা গর্ভদা চংহুনা

পোকখিরে। শা, যন, শগোল, লোল্লা, হামেং, হুই, হৌদোং, শজি, শঙাই, নোংশা, কৈ, শামু-নচিংবা পোকনিংঙাই লৈবমখৈ য়ামা অতোনবা জীবজন্তু পোকই। পৃথীবী মাতানা মশাবু ডাকচহনা লৈরম্বদগী মথক্তা হায়রিবা ফংতবা চংহুনা পোক্না থনগৎলকপদা, পৃথীবী খাঙবা ঙম-শিল্লক্তে। ফংত্রবা হিংচায়াইতম্বনা অমুম অমুম থনগৎলকখিরমই। দৈত্য দানব অসুরশিংঅসী, লাইগী লৈপাক্তা ওৎনৈবা য়ারক্তুহনা; পৃথীবী মীগী লৈবাক্তা পোক্লব স্বর্গদগী লৈথা তারক্লবা; দৈত্য দানবনা পৃথীবীদা নিংথৌ ওইররে। পাঙ্গল কল্লবা, নাপন তৌরবা, য়েরুববু ঙম্লবা অসুরশিংনা, মথল কয়াগী শকলোন পুংনা সমুদ্র ঈরম ৭কী ঙমখৈ শন্দোক্নুনা; পৃথীবী শিনবা থুংনা লৈখরে। মপাঙ্গল মতিক মগুন্না অতোপ্পা জাতিবু নৈবা হৌখি, ব্রাহ্মনপচিংবা থাংবা ঙম-খিদে। বনগী জীব জন্তু উচেকচিংবদা নৈখিহুনা মথরাই কাঙবা কয়া মাংহল্লে। তপবন্দা লৈজবা করিগুম্বদা অকাইবা তৌত্রবা; মুনি ঋষিশিংবু ওৎ-নৈবিহুনা অকিবা পোকহনখী। মতৌ অম্মা পৃথীবীগী মকম পুন্নমক্তা কোইচং চংতুনা অকিবা পোকহনখী, অদুদা পৃথীবী খাংবা ঙমখিল্লে, মরমদি হায়গ্রিবা ফংতবশিং অসিনা নৈবা ওৎপদা পৃথীবী পুরিবা অনন্ত, শেষ, নাগ, কুর্ম্মনচিংবা অমসুং মাইকৈ ৪ ডাকপা শামু নিংথিনা লৈবা ঙম্লরুবনা? পৃথীবীগী অরুম্বা ভারী পুবা ঙম্লক্রে।

সত্য লোইখিহনা ত্রেতা যুগতগী হিংচা য়াইতম্বনা ওৎ-নৈরকপদু, দ্বাপুর যুগ য়োরকপদা, থাংবা ঙম্লক্রহনা পৃথীবীনা মবীগী নশক লৌহুনা, ময়াং কংলা মমিৎতা মপি তরং তরং চেন্দুনা ব্রহ্মাগী মফমদা চংজখী। "বিধাতা শৃষ্টিকর্ত্তা" অমাং অতা লৈদ্রবা, অহন ওইবা লৈত্রবা ব্রহ্মাবু দর্শন ঙংখী। মতম অদুদা দেবতাশিংনা, মহাঋষি অমদি ব্রাহ্মনশিংনা অমসুং গন্ধর্ব্ব, অপসরানা কোইশিন্দুনা ময়াইদা ব্রহ্মা লৈরগা? পুন্নমক্তা পুজা তৌহনা খুরুমদুনা লৈরমই। পৃথীবী খংঙী ওইরিবীনা হাংজখী, মাইকৈ ডাকপা লাইশিং য়াওনা, পানবা লৈবা ঙমদরে হায়না হায়জর্বী হৌখী। হৌরকপদা মথাদা হায়গদৌরিবা থংবনা ব্রহ্মানা পৃথীবীদা ঐ খংলে হায়খী; ব্রহ্মানা লাইয়ামগা পৃথীবীগা পুন্না গর্ভদশায় মহাবিষ্ণুদা হায়জখী? শ্রীবিষ্ণুনা হায় ঐ পৃথীবীগী অরুম্ব লৌগোরবা অবতার তৌংগে লিলা শাগ্নরসী। লাই নখোয়সু মীওইনা পোক্লু হায়না লাইয়ামদা শিন্নরক্লে। পৃথীবীদা নখোয়না শকলোন নংগী নংগী শক্তিনা পোক্রো হায়গী, ফংত্রবা পৃথীবীদা ওৎ-নরিব-শিংবু লাল শোরনবগীদমক লাইশিংসু মাখী, অদুগা পৃথীবী বিদাই ফংজহুনা চনখ্রে। ইন্দ্রনচিংবা লাইয়াম্মা মাগী মাগী শক্তিনা পৃথীদা পোক্লগা? বৈকুণ্ঠ নাথ শ্রীহরিগী মফমদা অমুক চংজখী। হে-ব্রহ্মসনাতন প্রভুগী য়াথংদগী ননাই য়াকংথোই লাইরামসু, পৃথীদা মীওইনা শক্তি অমমম্মা, পোকচরুরে হায়রহুনা শুরুমজে॥ শ্রীহরি মহাকী ওইবা, শঙ্খ, চক্র, গদা, পদ্ম, মরিনা পাপোম মরিগী লৈতেং ওইরিবা, সনা ফিগে খোল্লিবা; শংবালবা কুচুনা ডাম্বোইরি, লক্ষ্মী সরস্বতীনা থৌগল্লি থওাল লৈকাবু ঙমরবা নয়ন অনিনা নিংথিজরিবা, য়েরুবা পুন্নমক্তী মাংলবা মওংনি; নিংথিজবা

মথেক অহুম থেক্নপনি। ইবুঙো মহাক্তি ব্রহ্মা শিব শোয়াহেন্নাচিংবনী কিংনফমমী, খ্বাই পুন্নমকী য়াকংকমনী॥ মমাক্তা কুরৈ হন্নংশনা খুদম ওইবনি। অসিগুম্না খ্বাই পুন্নমকী মখু ওইবা শ্রীনারায়ন্না? ইরমচিংকনা হায়জকে। য়ারমদি পৃথীবীগী পাপীশিংবু মাংহন্দুনা অফবা লৈমগং নমগীদমকনি। শ্রীহরি ইবুঙোনা অবতার অমা তৌবিয়ু? লাইশিংনা পোকজুরবা অসিদা হায়জবনি। শ্রীহরিস্যু মাহে ঐস্যু অবতার তৌরগে হায়দুনা দেব সভাগী শিংবা খুংহনখী। মহাভারত আদি পর্ব্বগী য়ারী অসী মীওইবনা তাজবদা পুন্যগী মশক্তি মপিবু জগতকী কননবা শ্রীব্যাস দেবনা লেংখরবা প্রভুনী। সৌভিনা হায়রে, ব্রহ্মা বিষ্ণুগী য়াথং কাইদনা লাইশিংশি শক্তিনা পৃথীবীদা কুমহুনা। ব্রাহ্মণ অমদি রাজর্ষি ওইনা পোক্লরে। গন্ধর্ব্বশিংনা অচৌ অচৌবা লিন ওইনা পোকুনা মীশা চাবা হাংঙম্ব্রবা জন্তুশিংগী য়েক্নবা ওইখী। লাইনা পোক্লকইখা মপোকশিং অহুনা হিংতা য়াইওবশিং পাপিবু মৈবা মাংহনবা হৌখরে। তৌইওবসুং কত্রদা হিংচাবা দানবশিংনা টম্বাই লাইনা হাংপা মাংহনবা ওমখিরে। পৃথীবী অসি ধর্ম্মগা, অধর্ম্মগা মীচং নাইনহুনা লালহৌ কয়ামকম পোক্লরকুনা, মীসিনবা কয়া ওইরক্লে। জন্মেজয় নিংথৌনা মুনিদা হায়জখি, মহামুনিগী খৌজালদগী লাইনা পৃথীবীদা পোক্লকপগী য়ারী অহু, মথক মথক পুখোক্লুমা শন্নোকনা জৌবীয়ু অমসুং লাইশিংমা অকাল অকোন পোক্লকখিবা। অহুস্যু তাকনিংই মথংশিংনা লিবীয়ু। বৈশম্পায়না হায়খি, মহারাজা চন্দ্রবংশগী থাওমৈ ওইরবা হে নিংথৌ ব্রহ্মাগী মানসপুত্র পুকনিংদগী ওইবা পোকখীবা মচা তরুকনি, মহুদি মরিচী, অত্রির, অঙ্গির, পুলস্ত, পুলহ, ক্রতু মখোই তরুক অসিনী মশীদগী অমমমা পোকখীবনা মরিচনা কাস্যপ পোকই। কাস্যপকী লুপীমা অদীতী. দীতী দনু, কালা সীংহীকা, ক্রোধা, য়ীধা, বীনতা, কপীলা, মুনী, কদ্রু, মীত্রা, প্রধা, অসী ওইখী। মখোই অসীনা অমুক মশীং নাইত্রবা মচা কয়া পোকখরে। অদীতীগী গর্ভদা মতিক মগুণ চাওরবা অদীত্য তরানীথোই পোকখী। মখিংদি ধাতা, মিত্র অর্য্যমা, সক্র, বরুন, অংশুভগ, বিবশান, পুষা, সবিতা, তৃষ্টা, বিষ্ণু তরানিথোই অসিনি। অসিগী মনুংদা বিষ্ণু হায়বা অসিনা খ্বাইদগী অহেনবনি, অমসুং মগুণদা লেপ্লি, অমসুং চাওই। দিতিনা হিরণ্য কশিপু পোকই, হিরণ্য কশিপুনা মচা মঙা পোকই, অহম্না প্রহ্লাদ, সংহ্লাদ, অনুহ্লাদ, শিব. বাস্কল অসিনি। অহুদগী অমুক হায়রবদা প্রহ্লাদনা বিরোচন্, কুম্ভ, নিকুম্ভ অহুম অসি পোকই। বিরোচনগী মচানা 'বলি' হায়না মতিক মগুণ চ'ওরবা দৈত্য অসিনি। বলিগী মচানা "বান" হায়বা নিংথৌ জগৎতা ফাওথিবনি। মতম অহুগী মীশিংনা মহাকপু মহা কাল হায়না খংনরমই। মহাক্তি মহাদেবগী মনাই অচানবা ভক্ত অমনি : মতম কুইনা শিব দুর্গা নিংহুনা, শিবগা রুপানা প্রসিদ্ধ ওইরব ; মপাল্লোম লিশিং অমা পাল্লি, কনবা হৈবদা চাংদমনীংঙাই লৈরবা বাল্লি।

দনুগী মচা নিপুু (      , খ্বাইগী অহম্না "বিপ্রচিত্তি" কৌই,। মহাক অসিমি নিংথৌ অমনি। অনাওশিংগী মমিংদি মহারাজ, শম্বর, নমুচি, পুলোমা, অসিলোমা, কেশী, দুর্জ্জয়, দানব, অমলির

অশ্বগ্রিব, অশ্বশঙ্কু, বীর্য্যবান, গগন মূর্দ্ধা, বেগবান, কেতুমান, চন্দ, স্বভানু, অশ্ব, অশ্বপতি, বৃষ পর্ব্ব, অজক, অশ্বগ্রীব, সূক্ষ্ম, তুহুণ্ড, মহাবল, একপাত, এক চক্র, বিরূপ, অক্ষ, হর, আহার নিচন্দ্র, নিকুম্ভ, কুপট, কপট, শরভ, শলভ, সূর্য্য, চন্দ্রমা অসিনি। দনুগী মচাশিংদগী শন্দোরকপা শিংদগীসু দেবতা, দানব, জাৎ থাইদোকই। দেবতাশিং অসিগী মপুংদা ৱাওরিবা, সূর্য্য, চন্দ্রমা হায়বা অনি অসি দানবশিংগী মমিংদা শিংথারিবা দানবকী গুণি। নিকুগী ময়াম্বা "বিপ্রচিত্তি" গী বংশ ওইনা পৃথীবীদা কাওখি। মথোই অসি নত্তবা দনুগী মচা অতোপ্পা তরা অমগা লৈরি, মখোইদগী দানব বংশ কৌখিবনি। মখোইগী মমিংনা একাক্ষ, অমৃতপ, প্রলম্ব, নরক, বাতাপি, শক্রু, তপন, শঠ, বিষ্ট, বনয়ু, দীর্ঘজিব, অসিনি। মখোয় অসিদগী মশং পোকখ্রিবা অমমমদগী ওইখ্রিবনা মশিং নাকতমদনা লৈখ্রে। ব্রহ্মাগী মচা দক্ষ পজাপতিগী মুপী দিরিণীগী, গর্ভদা পোকপী কাশ্যপকী মুপী ১৩নী দক্ষগী মচা মুপীনি, সিংহিকাগীনা মচা মরী পোকখি। অহন্দি সূর্য্য-চন্দ্রদেবব্ শংলীবা রাহু শায়বহুনী, সুচন্দ্র, চন্দ্রহন্তা, চন্দ্রমর্দ্দন, মখোই অমানী। দক্ষগী মচা মুপী ক্রোধাগী মচা মশু য়াম্না পোকখি, অহুগী মথক্তগী মরীনা খ্বাইদগী অহেনবনি। মরী অহুগী মমিংদী গণ, ক্রোধবশ, ক্রুড় কর্ম্ম, অরীমর্দ্দন অসীসি। দক্ষগী মচানুপী দনায়ুনা মচা মরী পোকই, মহুদি বৈবিক্রম, বল, বীর বিত্র, অসিনি। দক্ষগী মচানুপী কালাগী মচাশিংদি অসুরগী মহুংদা মপাজল য়ায়া কল্লি, মমগা পাংথকনি, য়েরুবা পুরন্দরপু তম্বা শক্র হন্তা হায়না অমপুং কালাগা মচা কালকেয় হায়না কাওখী। মখোইগী মমুংদা বীনশন, ক্রোধ, ক্রেধহন্তা, অমদা ক্রোধ শত্র; হায়বা মরি অসিনা খ্বাইদগী অথোইবনী। মখোই অসীমা কৈলাশগা নাপোমগা লৈখী, সর্গগী ইন্দ্রবু তমল্লনা লাই লৈপাকী কোড়? মখোইনা চাহনা কালকেয়শিংনা পানখী, মথক্তা হায়খ্রীবা অসুরশীংগী গুরুদা, ভৃগুগী মচা শুক্রনা বীর্য্য তম্বিবা গুরুনা। শুক্রগী মচা মরীনা মখোইগী পুরোহিত ওই, ত্বস্টধর, অমর্না, অত্রিয়োগ্র; সুকর্ম্মি, অসিনচিংবনি, সূর্য্যগা চপ মান্না মতিক মগুণ লৈখি, বেদ শাস্ত্রদা পুক্লিং চংথি। ৪ অসি কলথোরবা সুর অসুরশাংগী হোর লকম অসীনী। শুক্রগী মচা মরী অসী ব্রাহ্মসাধকনী, মখোই ব্রহ্ম ঋষী মরীদাম। অসুরশিংগি যজ্ঞ যাগদা পুরহিত ওই ব্রহ্মলোকা লৈখি। দক্ষগী মচানুপী বিদতাগী মচাশিংদি তার্ক্ষ্য, অরিষ্টনেমি, গরুর, অরুণ অরুনি, বাকনি, মখোয় অসিনি। দক্ষগী মচানুপী কদ্রুগী মচাদি শেষ, অনন্ত, বাসুকি, তক্ষক, কূর্ম্ম, কুলিক কালি অসিনচিংবনি। দক্ষগী মচা মুনিশিংগী মমিংদি ভীমসেন, উগ্রসেন, সুপর্ণ, বরুণ, গোপতি, ধৃতরাষ্ট্র, সূর্য্যবার্চ্চ, মিংতা ফজরবা বাহন্ য়াম্না নোইবা অর্ক কাশীপতি, সত্যবাদী যোগী ওইরবা অর্কপর্ন, ভীম, জ্ঞানী ওইরবা ইন্দ্র খুহুম চম্বা চিত্ররথ, শালি শির, পর্জন্য, কলি, নারদ অসিনি। মখোইগী মরক্তা বরুণ, পর্জন্য, কলি, নারদ মরি অসি দেবতানিং অহুগা অতৈসিনা গন্ধর্ব্ব তাক্নি। গন্ধর্ব্বশিংনা সর্গগা থংনবা গিরি গন্ধমাদনদা পাল্লি পুং ইশৈ জগোইগী নবক তোই। দক্ষগী মচানুপীগী মমিং অমুক তারজগে দক্ষগী মচানুপী প্রাধা হায়বী অহুগী

মচানুপী নিপালনি, মহুদি অনবদ্যা, মনু, বংশা, অরুণা, মার্গন প্রিয়া, অনুপা, সুভগা, অমসু, ভাষী, মখোই অসীনি। প্রাধাগী মচা মুপানা ১৭ মী, সিদ্ধ, পুর্ণ, বহি, মখোই অহুম্দি দেবতা ওাক্তনি। পূর্ণায়ু, ব্রহ্মচারী, রতিগুণ, সুপর্ণ, বশ্বা বসু, ভানু, অমদি সুচন্দ্র মখোইসিনা গন্ধর্ব্ব ওাক্তনি। অহুগা লাইবক করবী প্রাধা অসিগী গর্ভদা কাশ্যপকী ঔরসদগী অপসরাশিং পোকখি, মহুদি অলম্বুষা, মিশ্রকেশী, বিদ্যুৎপর্ণা, তিলোত্তমা, অরুনা, রক্ষিতা, রম্ভা, মনোরমা, কেশিনী, শুবাহু, সুরত, সুরজা, সুপৃয়া, অসিনা। অহুগা অতি বাহু, হাহা, হুহু, তুম্বুর, গন্ধর্ব্ব মরি অসিসু প্রাধাগী মচানি। অমৃত, ব্রাহ্মণ, গরু, গন্ধর্ব্ব ময়াম অসি অমসুং অপসরা ময়াম অসি দক্ষগী কপিলগী মচা ওাক্তনি, পুরানক পুরাণদা ইরি। গন্ধর্ব্ব অমসুং অপসরাশিং থরাইপানবগী হায়রবসিনি। মখোয়গী হৌরককমনি। অসিগুম্বা লীন্, উচেক মুংশিং মুংশা, যণ, ইরোই, ব্রাহ্মণশিংগী মপোক্কী রারী থাযু, ধর্ম তাবদা পমোইদা মুডাইনা পি, অমসুং তাগদবমক্তি। পুকচেল শেংনা পাঠ তৌরগা পাপ কোকই, পুন্য ফংই, হণ্ডকী মপোক্কা মচা মশু, মরল মরাং কাইনা ফংই। শ্রীব্যাসনা লেংখ্রবা মহাভারত অসি অমৃতগী ঈচেম্মী। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

# ঋষি সন্তান পোকখিবগী

## বারী মতাং ॥

বৈসম্পায়ন্না হায়খি, ব্রাহ্মাগী মচা ৬ রুদ্র ১১নি। মৃগ ব্যাধ, সর্প, নিধাতি, অজৈক, কপাত অহি ব্রধ্ন, পিনাকী, দহন, ঈশ্বর কপালী, স্থানু অমদি ভগ অসি রুদ্রনি। মচা ৬ অহুমদি মথক্তা হায়খরবনি; মহুগী মমুংদগী অঙ্গিরাগী মচাদি অহুমনি, বৃহস্পতি, উতথ্য, সংবর্ত্ত, তপস্বি ওাক্তনি। বেদ, অনিমানচিংবা সিদ্ধ নিপান খংলবা মগুণ লৈবা ওাক্তনি। যক্ষ, রক্ষ বানর, কিন্নর কয়ামরুদ্রা পুলহগী মচা ওাক্তনি অমসুং থেব, নোংশা, কৈ, শাজি, কিন্নর কয়ামরুদ্রা পুলহগী মচা মগু ওাক্তনি, সত্যবতি ওইবা, তপশ্যা কল্ল্যা; বালখিল্য হায়বা অসি ক্রতুগী মচানি। মহা তপস্বী মগুণ চেন্নবা দক্ষ হায়বা অসি ব্রাহ্মগী যেংথংবা খুবীদগী পোকখি। মানা দক্ষগী মচা মুপী ৫১ পোকখি। দক্ষনা মচানিপা কয়া পোকপহুনা সংসার পামদহুনা মাংখ্রবদা, দোষ অমতা তৌবা লৈতনা থম্বাল লৈনাগুম্না ফজবীশিংহুবু মচা মুপামক্তি থন্নুনা থম্খি। দক্ষ প্রজাপতিগী মুপা দিরিণীনা ব্রহ্মাগী ওইথংবা খুবী মরুদগী পোকপনি অদিসীদগী অরাঙ্গ শন্দোকখী। ধর্ম্মদা ১০, চন্দ্রদেবদা ২৭,, কাস্যপ্তা ১৩, ধর্ম্মগী মতুং ইন্না কংখি। ধর্ম্মগী কীর্ত্তি, লক্ষ্মী; ধৃতি, মেধা, পুষ্টি; শ্রদ্ধা, ক্রিয়া, বুদ্ধি, লজ্জা, মতি ১০ অসিনি। শ্রীভূতনাথন অতোবী সতী লুহোংবী

দক্ষপ্রজাপতিনা শিব নিন্দা তৌবদগী মতমদা থরাই থাদোক্লগা। হিমগিরিগী মচা ওইনা পার্ব্বতী কৌহনা পোকখী। চন্দ্রদা ২৭ থাজবলা জগৎতা ফাওরিরনী, মতমগী অক কংতে য়েংবা অমত্তু লেপ্পবা মতমদা কান্নবা য়াওরিবনী, অহুনা লোক্লা চৎনবা পাংথোক্লবগীদমক্তা থবানমিচাক্কী মতৌ-শুমা লৈরিবনি। ব্রহ্মাগী মচা মনু; মনুগী মচা প্রজাপতি; প্রজাপতিগী মচা বসু, নিপানিপাল্লি, মখোইগী মমিং থর, ধ্রুব, চন্দ্র, দিন, বায়ু, অগ্নি, প্রত্যুষ, প্রভাস অসিনি। ৮ অসিদি অমমম্তু পোকপা ধুম্রাগী মচানা থর; ব্রাহ্মনাবিদ্যা কৌবীগী মচানা ধ্রুব, মস্বিনী কৌবীগী মচানা চন্দ্র, শ্বাসাগী মচানা বায়ু, রতাগী মচানা দিন, শাণ্ডিলীগী মচানা অগ্নি, প্রভাত কৌবীগী মচানা প্রত্যুস, প্রভাস অসিনি। বসুদগী পোকথবকপা অসীসু য়াম্না ছন্দোরকপনা মশিং য়ামথ্রবা। মৈ, ঈশিং, মুনি ঋষি জাৎ কয়ামুকস্ত্র থাইদোক্লকই। থরগী মচানা দ্রবিন, হুতব্যবহ অনিসিনি। ধ্রুবগী মচানা কাল হায়বছনি। চন্দ্রদেবগী ঔরসদগী বোহিনীগী গর্ভদা বর্চ্চ, শিশির, প্রান, রমন, কৌবা মরি অসি পোকই। অসিগী মনুংদগী বর্চ্চ হায়বসি জীব পুম্নমক্তা তেজ বীর্য্য ফংনহনা তেজস্বী হায়নহনা ওইরিবনি। দিনগী মচানা মরি পোকই জ্যোতি, সম, শান্ত, মুনি অসিনি। অগ্নিগী মচানা কুমার হায়বা অসিনী, মাদি শরবনদা পোকখি, কুমারগী মনাওনুপা অহুম লৈ, শাখ, বিশাখ, নৈগমেয় কৌই। কৃত্তিগী তকক্লা কার্ত্তিকেয় হায়না খংনৈ। বায়ুগী ভার্য্যাদি শিবা কৌই মখোই অনিগী মচা মনোজব, অবিজ্ঞাতগতি হায়বা অনি পোকই। প্রত্যুসগী মচানা মহার্ষি দেবল হায়বহনি অসিনি। দেবলনা মচা পোকই, মখোই অহু কনবীহৈব জ্ঞানী অমা ওইখি। বৃহস্পতিগী মচন অমা লৈরমই, মহাক্তি শুমিং চুপ্পা যোগ সাধন বেদগী বক্তৃতা তৌদুনা লৈখি। মানা গৃহস্থাশ্রম য়ুমালবদা চংত্রিউৈদা করিগুম্বা বিষয় অমদা পুক্লিং চংবা লৈতনা, পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা কোইচং চংচরমই। বসু ৮গী অতোপ্পা 'প্রভাস' হাপবদা বৃহস্পতিগী মচন অহু লুহোংখি। মখোই অনিগী মচাগুপা ফাওবা অমা পোকই, খুং-শা হৈবগী ইহান্ হান্বা হৌ-দোকপা বিশ্ব কর্ম্ম হায়বহুনি। মহাক্তি লাইগী খুং-হৈবা ওইখি। লাইগী বিমান পুম্নমক মহাক্ল শাখি, অহুনা মহাকপু খুং-শা হৈনিংবশিংনা. হৌজিক ফাওবদা পূজা তৌনরিবনি। মাবু বিশ্ব হায়বগা জগৎপু খংনৈ: জগৎকি থবক শেমশাবা তৌই হায়হনা বিশ্বকর্ম্মা কৌই। ব্রহ্মাগী য়েৎ-থংবা থরাকতগী ধর্ম্ম কৌবহ চোথোকখি, মীওইবগী মুক্তি লৌবনি।

ধর্ম্মনা মচা অহুম পোকখি, মমিংদি, সম, কাম, হর্ষ, সমগী ভার্য্যা প্রপ্তি কৌই, হর্ষগীনা নন্দা কৌই। মখোইগী শক্তিনা জীবনা থরাই হিংহনা লৈরিবনি। কামগী রমনীনা রতী কৌই মখোই অনিগী শক্তিনা মায়াগী ভোগ তৌহনা জগতকি লাই মী শা উচেক জীব ছন্দোক্লকই। মরিচিগী মচান কাশ্যপনি, কাশ্যপকী মচা মশুনা দেবতা অমসুং অসুর ময়াম অসিনি। কাশ্যপ হায়বা অসিনা মরাই পানবা পুম্নমকাক্ত অপোকপা মপানি। অহুগা সূর্য্যগী ভার্য্যা শঙ্গ্যানা শগোল অমোমগী মশক লৌহনা লাইনিংফম বন্দা অশ্বিনী, কুমার কৌবা মচা অনি পোকখি। অহুগা মশিংদি নাসত্য, দ্রেবত কৌই। মমাগী মমিং শগোলগী লৌহনা অশ্বিনী কুমার হায়বনি। ইন্দ্র-

মচিংবা ভরানিথোইনা অদিতিগী মচানি, অতোপনা বামনগী মশক লৌবা বিষ্ণু হায়বস্থনি মাগী মথক্তা ময়ম অহুম্মা লেংলমা লৈ। দেবতা ৩৪ হায়বস্থ আদিত্য ১২, বসু ৮, রুদ্র ১১, অহুম্মা প্রজাপতি হায়বসীগী বংশাবলি অসি মখং মথং লিয়রগে। ব্রহ্মানা লৈবা ধাম মফম অহুবু প্রজাপতিলোক হায়না কৌহুনা। দক্ষ প্রজাপতিধু নিংথৌ হাপুনা লাই মীছন্দোক্রকই। রুদ্রশিংনা কাংবু ১ নি। সিদ্ধ সাধ্যনা কাংবু ১ নি। বসুশিংনা কাংবু ১ নি। বিনতাগী মচা গড়ুর অরুন, অঙ্গিরাগী মচা বৃহস্পতি মখোই অহুম অসি আদিত্য কাংবুগী মখুং চল্লি। অশ্বিনী কুমার অসি গুহ্যগী মখুং চল্লি। হৈপান লৈপাল, উরী রারী পশু কাংবুগী মখুং চল্লি। অসিগুম্বা দেবতাগী হোরকফম মহারাজ জন্মেজয় নহাক্কী নফমদা লীরবনি। মসিবু ভারবদি ব্রহ্মবধগী পাপ কোক্রনী, অমসুং শ্বেতড়গ দেহদা পক্লিবহু কোক্লুনা অৱোইবা মতমদা হবিধাম ফজনী। ভৃগুগী মচা শুক্রদি কবি ১ নি অমসুং গ্রহ মশিং চল্লি। বৃষ্টী, অনাবৃষ্টি, ভয়, নির্ভয়নচিংবগী মরিদা মৱোল অহুমক্তা কোইচং চত্তুনা লৈরি। বৃহস্পতিনা লাইগী, শুক্রনা দৈত্যাগী গুরুনি পুরোহিতনি। ভৃগুগী ভার্য্যা পুলোমাগী গর্ভদগী মচা চোবন চোংথোকখি, মরমদি হিংচাবগী মখুংতগী মমাবু কনখিবনি। চোবনা মনুগী মচানুপী আরুষী লৌই, মচা ঔর্ব্ব পোকই। ঔর্ব্বনা ঋচীক; ঋচীকনা জামদগ্নি পোকই। জামদগ্নি মচা ৫ পোকই, রুমবান, সুসেন, বসু, বিসাবসু, পশুরাম পোকই। পশুরামনা অতোপ্পনি খুংসু খুলাই হৈবা, মগুন চেনবা হেল্লি, ক্ষেত্রি তুম্না হাংখিবা মহাক্নি। পরশুরামদি শক্ত্যাবেশ অবতারনি, যজ্ঞদ ক্ষেত্রি বিজয়মনা শাগংখিবা ওইবনা ক্ষেত্রিগী লিংজেন চেল্লি। ঋচিক পোকপদি জামদগ্নিনচিংবা মগা ১০০ নি। ১০০ অদুনা লিশিং অমা পোকখি, পাক চাওরবা ভৃগু বংশনা ছন্দোকখি। ধাতা, বিধাতা কৌবা ব্রহ্মাগী মচা ২ পোকখি। ২ অসিনা জগৎতা মানা মানা তৌবা কর্ম্মগী ফল পিবি। ২ অসি থাক মায়ৈ, মখোই ২ গী মচননি লক্ষ্মী কৌবী। অকাশদা কোয়চৎ চৎত্তুনা লৈরিবা শগোলশিংনা মহাক্কী পুক্লিংদগী পোকপা মগানি। শুক্রাচার্য্যগী মচা রূপীনা বরুনগী রূপী অহল ওইখি, মানা বল কৌবা, সুর কৌবী রূপা রূপী অনিসি পোকখি। মনুনচিংবা আদি পুরুষশিংনা অমগা অমগী অচা অথক লামশিন্নবদগী চাংদগী অধর্ম্ম হায়বস্থ পোকখি। অধর্ম্মনা জগৎ মাংনবগী মরুনি। অধর্ম্মগী নির্ধাতি কৌবী ভার্য্যা ১ লৈরমই, মানা হিংচাবা মরাম অমা পোকখি। পাপতা ফংতবা পিচংতা পুক্লিং চংখি। মতগী মরক্তা ভয়, মহাভয়, মৃত্যু অহুম্মা অথোইবনি। মৃত্যু কৌবা অসিগী মতুমচা লৈরমদে, মরমদি পরাইপান্বা পুম্নক মানা মাংহল্লি। তৌক্রগুম্বসুং তম্রা দেবী মচানুপী মডাদি পোকখি, অদুদি কাকী শ্যেনী, ভাষী, ধৃতরাষ্ট্রী, শুকী অসিনি। হায়রিবী মখোই মডা অসিনা অমুক ছন্দোক্রকপনা, উৎকৌ জাৎ মথল অনী শাহিংচাবা উহৈ চাবা তিন-কাং চাবা মথল কল্লা পোকখী। কাকীনা কাক, মকু, শ্যেনীনা শ্যেন = খুনু খরং, ভাসীনা ভাস উমাইবী অমসুং লংজা পোকখি। ধৃতরাষ্ট্রীনা ডাহু কাঙনচিংবা অমদি ভদ্রানা চক্রবাক পোকখি। ফজবা গুণ চেনবী, সুলক্ষনা ওইবী শুকীনা শুকপক্ষী চোঙা তেনরা পোকখি।

মথক্তা হায়রিবা ক্রোধা হায়বী অমা, য়াওখিরকুনা মচানুপী মাপন পোকখী, মহুদি মৃগী, মন্দ, হরী, ভদ্রমনা মাতঙ্গি, শার্দ্দুলী, শ্বেত, অকবা লক্ষন ওইবী "সুরভী" শাওগনবী "সুরসা" অসিনি। মৃগীনা শজি শন্নাই, মৃগমন্দনা শওম শা মৃগমদ, ভদ্রমনানা ঐরাবতমচিংবা শাখুগী জাৎ ওইনা পোকহনখি। হরোই, য়োংগুম্বা অসি হরীগী মচানি। শার্দ্দুলীনা কৈগী জাৎ মথল, নোশাগুম্বা পোকখি। মাতঙ্গিনা অতোম্বা অচম্বা শামু অমসুং শ্বেত কোবনা মাইকৈ ভাকপ শামু অমসুং মখোং য়াংবা শাজন যদোগী জাৎ পোকখী। সুরভানা রোহিণী গন্ধর্ব্বি অনি পোকই, অঙ্গী তুংদা অমুক বিমলা, অনলা কৌবী মুপী পোকই। রোহিণীগী মচানা মণ, গন্ধর্ব্বিনা শগোল পোকখি। অমুম্না সংসার অসিদা শেমখ্রিবা জাৎ, জীব মথন্দ কয়া কয়া অসী, মথং মনাও শৃষ্টী অসী চাওথোকহনখি। ইম্বাগী ফজরবী মচা অহুম পোকই, মখোইনা উপাল, রাপাল উল্লিনচিংবা শগোকখি, মমা ওইখি। মথোইগী জাৎ অহু লতা, ক্ষুপ বীরুধ. মোই; মপাল শাৎতনা মহৈ য়ানবনা লতাগী মচানি বনস্পতি হায়রিবসিনি। মপাল শাৎলগা মহৈ য়ান্বনা বৃক্ষ কৌই, মথোইনা রুহাগী মচা ভাকনি। মনা-মশিং মরি চৎপা জাৎনা বিরুধগী মচানি। বিমলা পিণ্ড ফল থাংহুপ কোনাগুম্বা জাৎ পোকই। শুকী সুরসাগী মচানুপানা কঙ্ক পক্ষী পোকখি। অরুনগী ভার্য্য শ্যেনীনা সম্পাতি অমসুং জটায়ু অনি পোকই, সুরসান শেষ পুরুষ পোকই, কদ্রুনা লিন ময়াম পোকই। বিনতাগী মচাগী মমু'দা গড়ুর; অরুন অনি অসি জগৎ শিনবা থুংনা কাওখি। অরুন মমানা থাসুদন্দা একম থুগায়রুহুনা, ইন্দ্রনা লৈব ভমদহুনা জুমিং অসাবা তেজ য়াইহনবা রথ খোহনখি। অসিগুম্বা অথোক্ত অথোইবা জীবশিংগী মপোক মথংশিংনা লিজরবনি। অসিবু তারবদি পাপ কোকুনা পুন্য ফংজে প্রাপ্তি উৎপত্তি কৌবা রারী অসিবু জেন্মেজয় নিংথৌ পুকনিং চওনা তাজরবদা ব্রহ্মবধগী পাপ পুন্নমক কোকনা। নশাগী লাইথুওম্নু লোইমা কোকনি শ্রীগুরুদেব ব্যাস মুদিনা হায়রমলবা য়াথংনি। অসিগুম্বা শ্লোক লিশিং চাম্বনা লেওগ্রবা মহাভারতপু থুরুমজহুনা তোল্লবা হরিদাস সিংহনা ঈমা লোন্দা ইজ্রবা অসিগী মরমদা। সর্গিয় লাইশ্রেম ৺শ্রীগোকুল সিংহ অধ্যাপক পণ্ডিত ওঝা ইবুঙ্গোমানা লেংবীতনা থমম্বা ওঝাগী শরুক্তী, পাংগ্রবা ঐনা ওঝাগী সেবা কচ্চবনী। ইতি মতাং অসী য়োরবপদা ওঝাগী রারী শরুক শৈরেং ইজবা লোইরে। অশোইবা কয়া য়াওখিবা ইথোকচব ঐগী দোষনী অস্বানুরা কম্বাবু বৈষ্ণব সমাজনা ভাকপীনী মিংজৈ। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

শ্রীহরিদাস সিংহ — উপনাম— য়াইমা সিংহ।

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺থৌচোম তোম্বাও সিংহ কথা বাচক পণ্ডিতকী; লোইহনা থম্বীরবা ঈমা লোন্দা কোংহনা সাহিত্য সেবা পাম্বীরম্বগী য়ারী মতাং হৌজরে।

## অধ্যায়

# লাই হিংচাবা, গন্ধর্ব্বনা মর্ত্ত্য লোক্তা পোকপগী

### য়ারী মতাং।

নৈমিষা রন্যদা য়ারী তারিবা শৌনকন চিংবা মুনি সত্তাগী মকমদা সৌতিনা হায়জে, জন্মেজয় নিংথৌনা বৈশম্পায়ন মুনিদা হায়জখী, হে মুনিদেব অথোইবা মপোক লাই, হিংচাবা, গন্ধর্ব্বশিংনা মী, শা, উচেক, লৌমচিংব জীবা ওইনা পোক্লরিবা, করিগীনো? মরমচৎ অমস্তুং স্বাভাব অদু মুন্না তাগাইনা তাজনিংই। পৃথীবীদা পোক্লগা মথোইনা পাল্লরবা মতমদা মীরৈবাকী সাসন পালত্র, ধর্ম্মনিতিগী মওংদা, হায়না নৈরম্বদগী হোডওকপরা বৈশম্পায়ন্না হায়খি, মহারাজ মথক্তা কয়ামরুমস্তু লৌখ্রবনি, মথংদা কয়ামরুম লৌরক্কে তাবীয়ু। বিপ্রচিতি কৌবা দানব নিংথৌনা মর্ত্তলোক্তা জরাসন্ধ ওইনা পোকথি। দিতিগী মচা হিরন্য কশিপুনা, মর্ত্ত্য লোক্তা শিশুপাল ওইনা পোকই। প্রহ্লাদগী মনাও মুপা, সংহ্লাদ হায়বা অদুনা। থাহ্লীক বংশগী অথোইবা শল্য ওইনা পোকখি। প্রহ্লাদগী মনাও অতোপ্পা অনুহ্লাদ হায়বা; অকনবদা ফাওখ্রবা অসুরদুনা ধৃষ্টকেতু ওইনা পোকখরে। শিবি দৈত্যনা ক্রম ওই। বাস্কল (অসুর) না ভগদত্ত কৌবা নিংথৌ অদু ওইনা পোকপনি। অয়ংশিরা অশ্বশিরা, অয়ং শঙ্কু, গগন মুদ্ধ, বেগবান কয়রবা মহাসুর ৫ অসিনা, কেকয় দেশগী নিংথৌ ৫ ওইরবনি। কেতুমান কৌবা মহাসুরনা, অকিবগী মশক ওইবা উত্তমৌজ ওইনা পোকখি

| | | | |
|---|---|---|---|
| স্বভানু মহাপুরুষ না | উগ্রসেন | নিংথৌ ওইনা | পোকই। |
| অশ্ব মহাসুর ,, | অশোক | নিংথৌ ওইনা | পোকই। |
| অশ্বগী মনাও অশ্বপতি ,, | হার্দ্দিক্য | নিংথৌ ওইনা | পোকই। |
| বৃষ পর্ব্ব মহাসুর ,, | দীর্ঘপ্রজ্ঞ | নিংথৌ ওইনা | পোকই। |
| ,, মনাও অজকসুর ,, | শালু | নিংথৌ ওইনা | পোকই। |
| অশ্বশীর মহাসুর ,, | রোমন | নিংথৌ ওইনা | পোকলে। |
| সুক্ষ্ম দালবনা ,, | বৃহদ্রথ | নিংথৌ ওইনা | পোকলে। |
| তুহুণ্ডু দৈত্যনা ,, | সেনাবিন্দু | নিংথৌ ওইনা | পোকলে। |
| এদপাদ দৈত্য ,, | নগ্নজিৎ | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| একচক্র মহাসুরন ,, | প্রতিবিন্ধ | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |

| | | | |
|---|---|---|---|
| বিরূপাক্ষ মহাসুরবন ,, | চিত্রবর্ম | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| হর দানব। ,, | সুবাহু | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| অহর অসুরনা ,, | বাহ্লীক | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| নিলচন্দ্র দৈত্যনা ,, | মুঞ্জকেশ | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| নিকুম্ভ দানব ,, | দেবাধিপ | নিংথৌ ওইনা | পোকলৈ। |
| শরভ মহাসুর ,, | পৌরব | রাজর্ষি ওইনা | পোকলৈ। |
| কুপট দেত্য ,, | সপার্শ্ব | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| কুপট দৈত্য ,, | পর্ব্বতের | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| শলব অসুর ,, | প্রহ্লাদ (বাহলীক দেশ) ওইনা | | পোকখী। |
| চন্দ্র দৈত্য ,, | চন্দ্রবর্ম্মা শেমজোক দেশ) ওইনা | | পোকখী। |
| অর্ক দানব ,, | ঋষক রাজর্ষি | ওইনা | পোকখী। |
| মৃতপ অসুর ,, | অদ্ভুপক (পশ্চিম দেশ | ওইনা | পোকখী। |
| গরিষ্ঠ দেত্য ,, | দ্রুমসেন | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| ময়ূর মহাসুর ,, | বিশ্ব | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| ,, মনাও সুবর্ণ ,, | কালকীর্ত্তী | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| চন্দ্রহন্তা অসুর ,, | শুনক রাজর্ষি) | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| বিনাসন অসুর ,, | জানকি রাজ | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| দীর্ঘজীব দানবনা ,, | কাশীরাজ | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| বাহু মহাসুর ,, | ক্রাথ রাজ কৌবা | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| বিক্ষর মহাসুর ,, | বর্ম্মমিত্র | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| ,, মনাও মহাসুর ,, | পাণ্ডুরাজ কৌবা | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| বদান মহাসুর ,, | পৌণ্ড্র মৎস্য | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| বৃত্র মহাসুর ,, | মনিমান | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| ক্রোধহন্ত মহাসুর ,, | দণ্ড কৌবা | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |
| ক্রোধ বার্দ্ধন মহাসুরনা | দণ্ড ধার কৌবা | নিংথৌ ওইনা | পোকখী। |

সৌতিনা ব্রহ্ম সভাগী মককদা হায়জৈ ভাবীয়ু, ভারত লিরীবা বৈশম্পায়ননা হায়রকই, মহারা জন্মেজয় নিংথৌ। কালের কৌবা হিংচাবশিংগী, মচাশিংগী মথুংদা নিপাপ লাজুনা পৃথীবীদ লোংশাগা মাঙনা কনবা নিংথৌ শিশাল ওইদুনা পোকলৈ। অহুদগী অথৌইবা অচুনা মগ দেশগী জয়ৎসেন নিংথৌ ওইখি। অহুগী মতুংদা ইন্দ্রগা মান্নবা অনিগুবা কালকেয়না, অপরাজি নিংথৌ ওইনা। ময়া হৈয়বা অহুকভবা কালকেশন, নিষাদ লৈবাকী নিংথৌ ওই

মরিঙবা কাল কেনমা, কৌরব, নিংথৌ ওইনা পোক্লে। মণ্ডাসুরনা মহোৱা নিংথৌ অমগা কলকজ্ঞানা অভীক ; অসেংশুনমা সমুদ্রসেন ; নিপানসুরনা জীব পুন্নলক্সী বাক্সবা, ধর্ম্ম লৈরবা বৃহৎকেৎ হায়রবা নিংথৌ অহু ওইনা পোক্লে। মহিসুর কৌবাদৈত্য গী বাৎমা, চিত্রানিংথৌ শিশিপাৎ ওইনা পোক্লে। কুক্ষি কৌবা দানবনা পার্ব্বতীয় নিংথৌ ওইনা পোকই। ক্রথনা সূর্য্যাক্ষ, সূর্য্য হায়রবা মহাসুরনা দরদ দেশগী বাহলীক নিংথৌ ওইনা পোকই। মতাং অসীদাক্সী তাবিবা. পরিক্ষিতকি মচা রাজ-জনমে-জয়না হায়রে, মহামুনি মতিক লৈরবা লাই, গন্ধর্ব্ব, দৈত্য, দানব, অসুর শিংনা পৃথীদা কুম্লকুমা মীগী মপোক, কঙঙরিবা অসিবু? তাবদা পেনবা নাইরবা, রাজা অসী চিংথনা লিখিয়ু। কজরবা পৃথাগী মাংলমচংকি রায়েল সাসন; ধর্ম্মদা মাইওজিলখঙ, চাইথাইরকুমা অমগা অমগা রেখো. নরকপা অমসুং পৃথীগী অরুম্বা কোক্লবা, ভগবাম্না শাম্নরবা লিলা তাজগে যুমি। বৈশম্পায়না হায়খি, ক্রোধবশ কৌবা দানব কাংবুগী অধূক লিগে। মখোয়না নিংথৌতাকা ওইদুনা পোকখ্রে। মমিংশিং অহুদি :- মদ্রক, কর্ণবেষ্ট, সিদ্ধার্থ, কীকট, সুবীর, সুবাহু বাহ্লিক, ক্রথ. বিচত্র, সুরথ, নীল, চীববাস, দণ্ডবক্র, দুজ্জয়, রুক্সী, জনমেজয়, অর্ধ্যা, বায়ুবেগ ভুরিতেজ, একলব্য. সুমিত্র, বাট ধান. গোমুথ, কারুষক, ক্ষেমধুর্ত্তি. শ্রুতায়ু, উদ্বহ, বৃহৎসেন' ক্ষেম, উগ্রতীর্থ, কুহর, ঈশ্বর, অসিনি। মথোয় অসিনা পৃথিবীদা লাক্লুনা; খুৎকন পাঙনবা, লাইবক করবা, মিংচৎ চাওরবা নিংথৌ তাক ওইখিবীনী। পৃথিবীদা দেশ খুদিংগী নিংথৌ ওইদুনা !! পাল্লকপা মতম অসিদা, অমগা অমগা উসিংনদে। অকনবদা ফাওখ্রবা দানব কালনিমিনা, উগ্রসেনগী মচা কংশ ওইনা পোক্লবনি। ইন্দ্রগা মান্নবা কল্লবা দেবক অসুরনা গন্ধর্ব্ব পতি নিংথৌ ওইনা পোকই। দেবর্ষি বৃহসপতিগী অশংনা ভর-দ্বাজগী গোত্রদা "দ্রোনাচার্য্য" ওইনা পোক্লরবনি। মহাক্তি কনাগী গর্ভদগী পোকখিদে খুজু খুৎলাই অমসুং তরগা লোয়নননা খংলমই, মরম অহুনা লীরুং পাইবা পুন্নম রুগী অখোইবা ওইখি। লান হৈবা মিংচৎ চাওরবা, ওইখি ; মহাক্তি অতোপ অতোপ্পা বেদশু রান্না খংবা মুপানি। ক্রোম্না তৌবা থবক্তি অভকপনি, মানা মাগী শাগৈবু চাউথৎহল্লমই। পৃথীগী নিংথৌমচা কয়াগী ওঝা ওইখী? যুগ করা পুন্দরম্বা, সিদ্ধ শক্তি লৈবা শিগে শিরোই ভুখনি। শিব, যম; কাল; অমসুং ক্রোধ দেবতাশিংগী শক্তিনা তিন্নদুনা "অশ্বথাম" ওইরে। বশিষ্ঠগী শাপ্তগী অমসুং ইন্দ্রগী য়াথংদগী বসু (মাইকৈ তাকপা) মিপান্না কত্তা লোক্তা কুম্লকুমা গঙ্গাগী গর্ভদা সান্তনুগী মচা ওইরে। ভীষ্ম" ওইনা পোকরি. বসু নিপালগী অতোপন্থনি। শিংবা; নীতি খংবা বেদ লৈবা' রাজাং খোন্দা কজবা, পুকচেল তপ্পা, থোনা কবা, কুরু বংশগী অচোইবা, য়েক্লবা পুন্নমক ভথা? অমসুং মাবু মীনা অকিবা ওইরমই। মহথা ওইরবা লাইগী শক্তি পুরবা পরশুরাম মকনা। ভীষ্মগা লান শোক্লখি। তোইঙবসুং মহাকী ওঝা রান্না লাকচা ভবখিদে। অহুগা রুদ্র পুন্নমককী অংশ পুত্তনা "কৃপ" কৌবা ব্রাহ্মর্ষি অহু পোকখি, জগৎতা মহাবধিনী। দ্বাপরগী অংশমরা শাকুনি নিংথৌ অকাওবা অহনি। শুংশিং মিকুমাপমগী অংশনা বৃষ্ণিবংশগী অখোইবা "সাত্যকি" ওইনা পোক্লে। দ্রুপদ কৌবা রাজর্ষি

অহুম্ মরুৎশিংগী অংশদগী পোকপনি „ অমসুং কৃত্তবর্মা সু মরুংশিংগী অংশদা পোকলবনি । অরিষ্টগী মচা হংসনা, কুরুবংশদা পোক্লহনা, কুরুবংশগী নিংথৌ ওইখি। মমাগী পাপ লৌখিবা, অমসুং ঋষিগী অশাওবদগী, পাখোম্না থুকউ য়ৌনা চোল্লবা, পাঙ্গল কল্লবা ধৃতরাষ্ট্র হায়রবা অসি, মমিৎ তাংনা পোকখি ( ব্যাস দেবগী ঔরসদগীনি )। মথক্তা হায়খ্রিবা অরিষ্টগী মচানা মনাও নোম্বা কল্লবা সত্য লৈবা ধর্ম্ম থংবা 'পাণ্ডু' পোকখি। গুমিৎ চুপ্পগী কংজবা রাথন্দা খন্দুনা মরৈখ্রবা, 'দুর্য্যোধন' অসি "দ্বাপরা যুগকি যেযদা কলিগী অংশনা পোকল্লবনি। মহাক্না ধর্ম্ম কায়ত্রবা পঞ্চ পাণ্ডব মতাদা য়েক্লখি, অমসুং পৃথীগী নিংথৌমচাশিংগী, মাংনবগী মশক ওইখি। মনাও ৯৯ দুঃশাসন, অমসুং দুর্মুখ, দুঃসহনচিংবা অহু ; হিংচাবমক্তনা লাক্লনা পোক্লবনি। মথোইনা কংতবা রাথল অমসুং থবক্তা পুক্লিং চংখি। বৈশ্য নিঙোনগী গর্ভদা, ধৃতরাষ্ট্রগী মচা অমসু "যুযুৎসু" হায়না পোকখি। মহাক্কি চান্মদগী অথোইবা মশিংনি। নিঙোন অমসু দুঃশল্যা কোবী পোকই, অতগা পুম্না ১০২নি ( মমিংশিংদি ১০০ পোকপা মতাংদা লাক্কনি )।

ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিং অসি চুম্নগী মশিংদা শুবা নত্তে, মতিক চানা চানা অমমম্না কল থোরবা মমিং চৎপা ভাক্তনি। শকা গুনগা মান্নবী ভার্য্যা অমমম লুহোংবা ভাক্তনি। দুঃশাল্যা অহু সিন্ধু দেশকী জয়দ্রথদা লুহোংখি। জয়দ্রথ হায়বা নিংথৌ অসি, শিব নিংবদ কন্বা মরমদগী, সদাশিবনা খোজানবীহনা! থাংশাং অমা পিখী, থাঙ্গি মপান্না মীয়ামনা কিনখী। অমরোমদা ধর্ম্ম লৈবী কুন্তীগী গর্ভদা, ধর্ম্ম, যমগী অংশনা, যুধিষ্ঠিব ওইনা পোকই। দুংশিংকী অংশনা ভীম, শোরা-রেনগী অংশনা আর্জ্জুন, অশ্বিন কুমারগী অংশনা নকুল অমসুং সহদেব ওইনা পোকই। চন্দ্র থাগী মচা বর্চ্চা হায়বহনা পৃথীবীদা লাক্তুনা "অভিমন্যু" হায়না অর্জ্জুনগী মচা ওইনা পোকখি। মোত অমনা গুরু থোরানীদা বেব্যাহার কায়রুহনা, গৌতম মুনিগী শাপ্না চন্দ্রন মীওইন পোক্লে। মত ১ না লাইয়াম্না থাগী মচা বর্চ্চা মীওইনা পোকহনবদি ভৈগী নত্তে, হিংচাবশিংনা মীওইনা পোকখ্রিং খশিং অহু, হাৎপদা মতেং পাংননবা থাবনি। থাগী রাদগী মতম ককখি, শ্রীকৃষ্ণগী মরুপ ওইব অর্জ্জুনগী মচা ওইনা পোক্লগা। অঙাং ওইনা পাঙ্গল কন্বা মহারথি, মমাংদা য়েক্রবা থাংবা ভম-দবা ওইসনু; চহি ১৬ শুবদা কুরুক্ষেত্রগী লাঞ্জাওদা ভম্বমথৈ, মশিং লাকওমদনা মথুংতা লানবি-রম্লগা; লানফম অতুদা শিহনা, হান্নগী মকম ফংসগ; হায়না, দেবশিংমা হায়খি। পাণ্ডু শাগৈগী মুৎতনবগীদমক ; মচা অমসু লৈহৌসনু হায়খিবনি। অগ্নি দেবগী অংশনা, মহারথি ওইবা "ধৃষ্টদ্যুম্ন" ওইনা পোকখি। হিংচাবীগী অংশনা অহানবদা, অমা মুপী কন্যা ওইনা পোক্লগা ? মাহুনা অমুক মুপা ওইবা মপোক্তা, শিখণ্ডী ওইনা পোকখি। বিশ্বদেবগী অংশদগী দ্রোপদীগী গর্ভদা ; পঞ্চ পাণ্ডবকী মচা মঙা ওইনা পোকখি। যুধিষ্ঠিরগী মচানা প্রতিবিন্ধ্য, ভীমগীনা সুর্তসোম, অর্জ্জুনগী শ্রুতকর্ম, নকুলগী শতানিক সহদেবগী জয়সেন কোবা ৫ অসি পোকখি। অমসুং গন্ধর্ব্বশিংগী অংশদগী, পাণ্ডব ৫গী অতোপ্পা মুপীশিংদা।। মচা কয়া খুংকল পাল্লবা পোকখি। বিশ্বদেবগী

অংশ অহুনা, মখক্তা হায়রিবা অদুতা নত্তনা, যছুবংশদা শুরসেন হায়বা অহুস্থ পোকখি, শুরসেন অসিনা বসুদেব হায়বা মচা মুপা অমা, অমসুং পৃথা কৌবী মচানুপী অমগা পোকখি। শূর-সেনগী মপাগা পোকমিন্নবা মনেগী মচানুপা. "কুন্তভোজ" কৌবা অমা, মচা পোক্কবনা মুভাই-তহুনা মমাঙঙৈদা পিগে হায়বা ৱাক্ম ১গা লৈখিবদগী। পৃথা কৌবী মচা অহু পীহুনা কুন্ত-ভোজনা য়োকখি। অহুদগী পৃথা হায়বা মমিং তোক্নুনা, কুন্তী হায়না মমিং কৌখিবনি। লাইবক কববা বসুদেবদা ইপা ওইহনা, শ্রীকৃষ্ণনা অবতার তৌখি। গোকুলদা চাওরগা, ব্রজ লিলা কয়া শারমগা, মথুরা লিলা লোইহুনা, দ্বারিকা শেমখী। কুন্তভোজনা মচা লৈরম্দবদগী, পৃথাবু ফংজবদা হরাউখিবনা চেংনা চান্না য়োকখি। চাওরক্লবদা মহে মশিং মতিক চানা অৱাংপা লৈতনা তখিখি, অহুতা নত্তনা অহল লমমবু লুনা তৌবা, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব লাইগুরুবু সেবা তৌবা তখি; কবিগুরুদা মহাক্না অতনবা লৈখিদে নোংমদি মতিক চাওবব,' শাওগল্লবা অমসুং শাপ তৌগল্লবা "দুর্ব্বাসা" মুনি থুংলবদা কুন্তীনা সেবা তৌবদা অকাইবা ছিদ্র শাপ তৌকম অশাওবা তাঙ্গা লৈখিদ্রে। পেল্লহুনা মুনিনা কুন্তীদা বরগা লোয়নবা বশীকরন খুহুমচনবা অমসুং আকর্ষন চিংশিন্দুনা কৌবনচিংবা মন্ত্র তখিখি অমসুং হায়খি —ইবেম্মা নংনা কৌনিংবা লাই কাওবদা. কৌহুনা বর নিজবা ঙমউ, নচা লাইগুম্বা অফাওবা ফংজো। হায়হুনা বরগা লোইননা ভন্দীরম্বনা। মুনিনা হনথ্রবদা নোংমা অয়ুক অভনবদা' কুন্তীনা মুনিগী মন্ত্র চাং য়েংগদবগী, সূর্যপু অকর্ষন মন্ত্রনা কৌথখি; খুদক অহুমক্তদা সুমিংকি বরনা গর্ভাবতী ওইরহনা, সুমিংকী থৌজান্দগী ম' থংগ্রিভৈদা। কর্ণ নাকোংদা মচা অত পুথোকহনখি। পাত্র ১দা হাপ্লগা মচা ফংবগী মতম চাদ্রিবা কুন্তীনা, গঙ্গাদা তাওথহনখ্রে। ধৃতরাষ্ট্রগী সারথী সুদ্রজাতি অধিরথ = রথ থৌবদা অধিক ওইবা থোইদোকপা অধিরথ কৌবা মুপানা থুন্দুনা, মচা ওইনা মাগী মুপী ৱাধাদা পিহুনা য়োকখি। মতিক মগুন মভান মশানা পোকপদা পৃথীবী নমথখী।

মহাক অসি পোকপদা কুণ্ডর নাইন অমসু' কবচ (মীগী খুংলাইনা ককপা য়াব্রবা) লোই-নরকই। মমিংদি বসুষেন কৌরমই; দান কবদা মাগুম্বা অতোপ্পা অমা লৈরমদে; অমসুং লৈখিদ্রে। মহে মশিংদা জাংগুনা হে। মমৈথংদা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণ শাহুনা লাক্লগা, পোকপদা লোয়নরকপা কবচ, নাইন্ দান ওইনা নিখি। ব্রাহ্মনা য়েরবা ঙম্বা " টা" অমসু মভোন্দা পিরমই, অসিনচিংবা মগুম্না সংসারদা শিম্ভুংনা থংনখি। দান্ কবদগী বৈকর্ত্তন অমসুং কর্ণ হায়না ম'মিং অসিনা ফাউখিবগী মরমদি, পোকপদা কুন্তী মমাগী নাকোংদগী পোকই হারহুনা' কর্ণ হায়না কৌখিবনি। বৈশম্পায়ন্না জন্মেজয়দা লীখি, মহারাজা। অসুন্না পোকপনা শিবা নাইত্রবা লাইমরুস্থ পৃথিবীদা, হায়বদি শ্রীনারায়ণমরুস্থ কুমলক্তনা নমিং শ্রীকৃষ্ণ কৌহুনা অবতার তৌখিবনি। অনন্ত শেষ নাগগী শক্তিনা বলরাম; সনৎকুমারীগী শক্তিনা প্রদ্যুম্ন, অসিনচিংবা পোকখী। মতৌ অসুন্না ইন্দ্রগী য়াথংদগী অপসরা (লাইগী জগোইশাবী) শিংবু মর্ত্যলোকতা পোকখি। 'শ্রীকৃষ্ণ'

ইংদোগী লোয়নবী লৈমা শিশিং তরাতরুক চামগা নিপান (১৬১০৮) মকম্ অপসরা শংনা পোক্লবনি। লক্ষ্মী দেবীগী অশনা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক ময়ামদগী থোইদোকপী রুক্মিণী, ভীষ্মক নিংথৌগী মচা ওইনা পোকই। ইন্দ্রাণী শচীগী অশনে, দেবীগী অংশনে, অনিনা পুল্লগা যজ্ঞদগী দ্রুপদগী মচা ওইনা দ্রৌপদী পোকই। মহাক্কি নেম্মন্দে য়াংমন্দে, থম্বাল মনমুনি, মিংবা থম্বাল মনাগুম্মি। নীংথৌ অনিনা পুক্লিং ছুনবগী মশকনি, শম্মা মুনা লংনা শাংই। হকচাং কয়াৎ থুদিংদা শুভ মঙ্গলগী মশক্কি। বৈদুর্য্য মনিগী মগোগুম্না শংবাম্নে, মথন্তনা মপুরোইবা মঙা (পাণ্ডব) গী সেবা তৌবদা!! অথোই অহেন নাইদনা ইথক হৌহল্লি। সর্গগী সিদ্ধি, ধৃতিনা মর্ত্ত্য-লোক্তা কুন্তী, মাদ্রী, ওইনা পোকখিবনি। লাই-গন্ধর্ব্ব; অসুর, হিংচাবশিংনা, মতৌ অসুম্না পোকখিবনি। নৈমীসারন্যদা ৱারী তাৱিবা মুনিশিঙ্গি মফমদা, সৌতিনা হায়রখি তাবিয়ু মুনি সভা। মহাভারত তাৱিবা জন্মেজয়গী মফমদা; বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়খি মহারাজ। অসিগুম্বা অংশাবতার কৌবা মতাং অসিবু থবাই য়াওনা পুক্লিং চংনা তাজরবদি অদুগী মহৈনা পুম্নমক মঙ্গল ওই। পুনসি শাংই, জয় ওই, থুদোংথিবা কান্দা পুক্লিং ফাজিনবা ঙমই, অমমুং অরাবা কোকই। মরম অসিনা মহারাজবু, মতাং অসি পুক্লিং চংনা তাবিগদবনি। অদু ওইরবদি পাপ লাইথুং কোক্লগা অরোয়বা মতমদা হরিধাম ফংগনি; শ্রীব্যাস মুনিনা লেংথুরবা মহা-ভারত অসী? শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণগী স্বরূপনি। মসিবু নিন্দা তৌরবদি, মী মহাক অদু যমগী যাতনা লাম্লোকপা ঙমলরোই; মসি থংনা শ্রধা ভক্তিদা শ্রবন ওইগনি। ইতি হরি হরি হরি।

— — · —

## অধ্যায়

## কুরু বংশ ছন্দোক্লকপগী

### ৱারী মতাং।

জন্মেজয়না হায়জে হে-মুনি অপোইবা, দেব, দানব, রাক্ষস, গন্ধর্ব্ব', অপসরানচিংবনা, মীওয়-বনা পোকখীবগী ৱারী তাজরে। হৌজিক্কি কুরু বংশগী ৱারীবু, মকোক্তগী মথংশিংনা লৌবীয়ু। মাহুবু তাক্লনিংবগী অরাম্বা থোবাংবা ওইনা তাইরবনি মুনিনা লৌবীরকপবু তাজরগা অরাম্বা কোকচগে। বৈশম্পায়ন মুনিনা খুমলকই মহারাজা। জ্ঞাণী ওইরবা বৈষ্ণব রাজর্ষিশিংগী পুজিগী ৱারীদা ধর্ম্ম অর্থ, কামমোক্ষ বিষয়না থম্না য়াওরিবনি॥ মহার্ষি ব্যাসনা ঐডোম্না লৌবিরীবা, অদুমক ঐনা লৌরকে। তাবিয়ু মহারাজা। দক্ষ প্রজাপতি, বৈবস্বত মনু ভরত, কুরু, পুরু, অজমীঢ়, যাদব অমদি কৌরবশিংগী বংশাবলী ৱারী অসিদি; লন্থুম, পুন্সি মিচংবচিংবা;। পুন্না চেন্নবা, মঙ্গল শিনরবা ৱারীনি। মরমদি মহাঋষিশিংগা মান্নবা, থুকল পাঙরবা কক্রিগী শক্তিনা তিন্নবা মিংথৌ

মক্ত্রা ওইখি। মতৌ অসুম্না পৃথীবীদা ক্ষেত্রি শাগেনা, শিন্নুনো শন্দোকখী। অহানবদা ব্রহ্মাগী মচা তরা পোকই, রাক্ষস ভাক্তা ওইনা তৌই: ব্রহ্মাগী মচিন্দগী কামথোরকপা মৈনা চাকহনখ্রে। অমুক খুবীদগী দক্ষ পোকখি, পুম্নমক দক্ষদগী শন্দোকখীবনি। দীরিনী গর্ভদগী দক্ষগী মচা লিশিং অমা পোকই, নারদনা সংসার লান্নবা সাংখ্য সাস্ত্র তম্বিখি। মচানুপী ৫১ য়াওই, ধর্মদা ১০, কাশ্যপ্তা ১৩, চন্দ্রদেবদা ২৭ শিবদা ১ থাজখী। ১৩গী অহল্লি অদিতিগী গর্ভদগী ইন্দ্র, সূর্য্যনা যমুনা কৌবী নুপী মনু কৌবা মিপা পোকই, অনি অসিদগী মগুনা মগুণ হেল্লি॥ মীওইববু শন্দোক্রবা ব্রহ্মানা মনুদা শিন্নখি, অমসুং মনুদগী শন্দোকখি. মরম অদুনা মীওইববু মানব হায়না খংনখিবনি। অদুগী মচংদা ব্রাহ্মণশিংনা অঙ্গ ৬ য়াওনা বেদ তমখি। বেন, ধৃষ্ণু; নরিষ্যান্ত নাভাগ, ইক্ষাকু, কারুষ, শর্যতি, ইলা, পৃষধ্র অমসুং নাভাগারিষ্ট হয়বা ১০না, ক্ষেত্রি ধর্মদা পুক্নিং চংখি অমসুং ক্ষেত্রি শন্দোকখী। দক্ষীগী মচা ৫০ অমদি মথোই মশেল য়েংখিমে, মশেল হাংনদুনা শিনখি॥ সূর্য্য বংশগী ইলা নিংথোনা, দেবীগী শাপ্না নুপা ওইদুনা চন্দ্রবংবগী বুধগীরাণী ওই। ইলাগী গর্ভদা মগানুপা মীওইবদগী হেন্দোকপা পুরুরব কৌবা অমা পোকখী, মহাক্না সমুদ্রনা কোইবা দ্বীপ ৭, খণ্ড ৯, অসিগী মপু নিংথৌ ওইখি। ব্রাহ্মণশিংগা য়েংখিমে, মানা ৩২ নৈবদা ব্রাহ্মণ থাংবা ওমখিদে। অদু উবদা সনৎকুমারনা লাক্লুনা জ্ঞান তাকপী, অমসুং পাওতাক পিব অদুসু পুরুববানা লৌখিদে, মমৈদদি ব্রহ্ম শাপ্না তুমদুনা শিখি। মহাক্না শিত্রিইডদা যজ্ঞ অমা লিংখৎকে হায়দুনা, উর্ব্বশীগা গন্ধর্ব্ব লোক্কগী দক্ষিনাগ্নিনচিংবা, মৈ অদুম পুরক্রমই। সুর্ভানবী বানীগা, উর্ব্বশীগা, রাণী ২ না পুরুরবগী থোগন্দুনা মনিং তমনা বিজয়া নগরদা পাল্লি উর্ব্বশীগী গর্ভদা মচা তরুক পোকই, আ।, ধীমান, অমাবসু, ছড়ায়ু, বনায়ু, অমসুং শতায়ু অসিনি। আয়ুগী ঔরসদগী সুর্ভানবীগী গর্ভদা মচা মঙা পোকই; নহুষ, বৃদ্ধশর্ম্মা, রাজ, গয়, অনেনা অসিনি। মতিক মগুণ লৈরবা নহুষনা মতম অদুগী ইন্দ্রগী খুবম ওইখিরমই। ব্রাহ্মণ, দেবতানচিংবা জাৎ মরিমক লুনা তৌই মাগী মাগী ধর্ম্মগী শাজং কায়হন্দে, মীচং মীথাই অচান্ মীবাই নাইদনা চপ মান্নরা সাশন তৌই। অদুক ফরবদা মাগী ছিদ্র অমদি —ঋষিশিংগী মথক্তা তোংদুনা কোয়চৎ চংলমই। য়াম্না ফবা মুপনি, তশস্থা, মথৌনা মপাঙ্গল মরোশিংতনা দেবতাশিংবু ওয়গা, ইন্দ্রনা হায়ব খুবম ফংখিবনি। নহুষগী রানী অশোকবতীগী গর্ভদা নহুষ নিংথৌগী ঔরসদগী; গুণ চেল্লবা মশক মতৌ ফজরবা মচা তকক পোকই, মমিংনা যতি, যাতি, যযাতি, সংযাতি, আয়াতি, ধ্রুব, অসিনি। অহল যতিনা যোগ ধ্যান তৌবগী মহৈনা পরব্রহ্মদা তিনখি। পুকচেল মেংলবা যযাতিনা নিংথৌরেল ওইখি। লাইগুরু লুনা তৌই, জজ্ঞ য়াম্না তৌখি, দেবযানী, শর্ম্মিষ্ঠা কৌবী অনিগী গর্ভদগী মচা মঙা পোকখি, যদু বর্বসু, দ্রুহ্যু, অনু, পুরু অসিনি। দেবযানীবু পোকপা শুক্রাচার্য্যগী শাপ্তগী অহল ওইবা হন্নবা লাইথুং ফংখি; শিন্নবা য়াবা লাইথুংনি মচা অমক্তা শিন্নসি য়াদে; তৌইগুমসুং পুরুনা য়াদুবা, নহা অদু পিদুনা মপাবু পেলহনখী, মমৈথংদা

যযাতিনা সংসারগী কাম ভোগ, সম্ভোগনচিংবা পুন্নমক মচি লৈতবা পোৎ ওাক্তনি হায়বা খংলদুনা পুকদা নহা শিন্নদুনা নিংথৌ ফম্নচিংবা পিন্নমই। ভৃগু তুঙ্গ পর্ব্বত্তা চৎতুনা লাইনিংদুনা মতম কয়ামরুম লৈরমলগা ভার্য্যাশিংগা লোইননা নোক্তামিন্নখি।

---

অধ্যায়

## কচ, দেবযানা শাপ্তৌনবা অমসুং যযাতীগী ৱারী মতাং।

শোনক মুনিনা হায়রকই শুক্রব্রাহ্মণগা মচানুপীনা, কেত্রি নিংথৌদা ওংলিবা করিননো মহ্ লিবিখো। সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু মুনি, মরোল অহুম্মক্তা লৈরিবা সম্পত্তি পুন্নমক মুন্নবদা, লাইগা হিংচাবগা মরক মরক্তা খৎনখি, অমসুং অকনবা লাল শোক্লখি। লাইশিংনা হিংচাবা জয়বা মতম তৌবদা বৃহস্পতিবু পুরোহিত হাপখি। অসুমনা হিংচাবগীনা শুক্রাচার্য্যবু পুরোহিত হাপখি। হিরম থুদিংদা ব্রাহ্মণ অনি অসি শীংনদুনমতা লৈবমই। শুক্রনা সঞ্জীবনী বিদ্যা হৈবনা মাগী হিংচাবা শিন্নবদি হেক্তা হিংহল্লি বৃহস্পতিদি মহ্ হৈরমদে। লাইয়ামনা ৱারবদা বৃহস্পতিগী মচা অহন কচবু শুক্রাচার্য্যদা, মহৈ অহ্ তম্নবগীদমক লাইয়ামনা থাখি। হিংচাবগী নিংথৌ বৃষপর্ব্বগীদা লৈবা শুক্রগী মনাক্তা, কচনা চংখরে। মানা ৱাথল তৌখি, লাইনমু তাক্লকপদা য়াওখিবা শুক্রগী মচানুপা দেবযাণীগা চান্নরবদি, নিংবা থবক পাংথোকপা য়াগনি। অসি নিংশিংদুনা শুক্রগী মনাক্তা চংদুনা খুকমখি, অমসু হায়জখি। হে গুরুদেব! ঐ অসি বৃহসপতিগী মচা অঙিরাগী মচুনি, ইমিং কচ কৌই। গুরুদা বিদ্যা তমজগে, লাকচবনি হায়খি। অহ্ তাবদা শুক্রনা হরাওনা কচবু লৌশিনখি। কচনা মথল মথা অয়াম্বা সেবা, অমসুং বেব্যহারনা গুরুবু পেলহল্লি। গুরুদা হোংনবদগী হেন্না, * দেবযাণীনা চান্নবিনবা হোংনখি। মখোই অনি অহ্ নহা ওাক্তনি, য়াম্না নুংশিনরক্লে। মতৌ অসুম্না চহি ৫০ লৈখরে। গুরুগী সেবাদগী অহাংবা মতমদা, দেবযানীগা জগোই ইশৈনা নুওাইমিন্নি, অমনা অমবু উদবদা লৈবা ওমদবমথৈ চাওখরে মতৌ অসুম্না কচনা গুরু [illegible] মমুমদা হন্দনা, সোজিব মত্র ফঙ্গে খন্দুনা কচনা গুরু ওঝা খনবসা? ব্রহ্মচার্য্য [illegible] পুকচেল শেংনা লৈবনি। মসিবু হিংচাবশিংনা ভাব তারক্তুনা য়াম্না শাওনরক্লে। নোংমদি [illegible] মতোমদা, অচিকপা বন্দা গুরুগী ষণ শেল্লিভৈদা হিংচাবনা কচবু হাংত্তোক্লে। [illegible] খংবা হিংচাবশিংনা, কচগী অশিবা মশা অহ্ মতুপ মতুপ, মচেং ওাইমা ককথৎলগা? [illegible] অমুক হন্না শিংহনবা য়াদনবনি হায়দুনা 'শার্দ্দুল' কৈদা পিজ্রথোকখীবনি। মুমিৎ তারবদা যণশিং অদুদি কারক্লে, কচদি লাকত্রে। দেবযাণীনা হান্ননিংওাই লৈতনা

---

* টিকা— শুক্রগী মচানুপী দেবযাণীদী ইন্দ্রগী মচা নিওোন জয়ন্তীগী গর্ভদা পোকপনী, জয়ন্তী শুক্রগা চহি ১২ পান্নরগা দেবযাণী পোকলগা থনমদুনা লাইরৈপাক্তা হনখি। মরম অদুনা শুক্রনা মমা য়াওদনা য়োকচবা দেবযাণীনি, অদুম্না দেবী ভাগবতনা হান্নরি।

কপখি, শুক্রাচার্য্যনা মচাগুপীবু থেমলগা ধ্যান্না য়েংবদা উরয়ুনা, সঞ্জিবনী মন্ত্রনা হিংহল্লগা, লাও হায়না কৌরকপদা, কৈহু মবুক পোখাইদুনা শিহোরে? কচনা হিগুক্তুনা, শুরুগী ন্নাক্তা হন্নকখী। অগুকপনি। শুক্রগী বিদ্যা!! শানা, চাগ্নবা মশাশিংহবু চোংথোক্লক্তুনা, মন্ত্র শক্তিগী মগুন্না হান্নগী শকফম ইকাই কাইদহুনা হিংলগা; করিস্থু অরাবা লৈতবা ফিবম্না হান্নগী মতৌগুম্না? শুরুগী আশ্রমদা হন্নকপনী। করিগী হৌজিক ফাওবা লাক্তবনো? হংবদা কচনা খুমখি, ঐদি হিংচাবনা হাৎলুরে, শুরুগী কৃপানা অমুক হিংহনবীদুনা পোকপগা মান্নদা লাকপা ওহনি, তশেংবা হিংচাবনা হাৎলুহুনা তৌবনি। পাওহু তাবদগী দেবযানীনা, শুরুদা হায়দুনা ঘন্ শেন্বদা, কচবু য়াওহন্দনা য়ুমগী থবক্তা তৌহল্লি। মতুংদা নোংমা দেবযানীমা লৈ হেকপীরু চায়তুনা বন্দা থারুবদা, হিংচা-বনা অমুক হাৎলগা মশা অহু মচেং মচেৎ কুপ্না য়াস্থত্তুনা দমুদ্রদা থাদখি। দেবযানীমা কচ হল্লক্লে হায়রুবদা; শুক্রনা সঞ্জিবনী মন্ত্রনা হিংহল্লগা কৌবদা হল্লকই। অহুমক শুরকপদা গঙ্গাদ স্নান চৎপদ, কচ অহু হিংচাবনা হাৎতুনা মশা অহু শুক্রনা হিংহনব য়াদনবগীদমক? থোইদিং মরামুক্তা চাউন কুপ্না য়াস্থৎলগা ঘিদা থাদহুনা মৈদা ভৌরগা, উং ওইরবদা ময়াই কাবা পোৎ সুরাদা য়ানশিন্দুনা, হিংচাবনা শুক্রাচার্য্যদা পিথকখ্রে। অহুদগু দেবযানীনা মপাদা হায়রে, পাবুং! হায়বা ইনবা কচ অহু লাক্লে শোয়দনা শিরম্লগনি, অমুক্তা কোঁখিয়ু। শুক্রনা ধ্যান তৌগুনা য়েংবদা কয়া কনথুবা ব্রাহ্মণ অহুগী শক্তিনো, মশাগী পুক্নুংদা লৈবা উরে। সঞ্জীবনী মন্ত্রনা হিংহল্লগা হংবদা, হিংচাবনা হাংলগা মৈ থারগা উং ওইহন্দুনা, সুরাদা য়ানশিল্লগা শুরুদ হিংচাবনা কংপহু; শুরুনা থংদহুনা থকখিবনী হায়না কচনা খুম্মী। কচনা খুন্নকপা র'কম অহু তাবদা শুক্রা অহু মীপাইখ্রে, মরমদি কচনা থোরকপদা মশা মহাক শিগদৌরি। মরম অহুনা হান্না কচদা শিবদগী হিংবা ওম্বা সঞ্জি-বনী মন্ত্র তম্বিরে; অমস্যুং হায়রকই, নংনা ঐগী পুক্তা হোগাইদুনা থোরক্লগা!! মন্ত্র অহুনা ঐবু হিংহল্লু। কচনা মহুমক তৌরে, শুক অহু অমুক হিংলে, কচম্ম হিংহুনা হান্নগুম্না লৈরে। হিংচাবগী লমচং মীমুংশি থংদবনা, ব্রাহ্মণবু হাংপগী পাপ কিদবা, অমস্যুং শুরুবু থগুইদবহু উবদা শুক্রাচার্য্যনা হিংচাবা পাপী, নখোইনা ইতৎ তৎক্তনা ব্রাহ্মণ হাৎপগী দোষনা, নখোই পুম্ন-মক অমাংবা ওইয়ু হায়খি। অদুদগী "যু" দা শাপ চৈখি, ব্রাহ্মণনা য়ুথকপা অমহিকস্যুং থকপদি লৈখিসম্ম? মনমদা হেক তাবদা শোক্লুবদা, ব্রহ্মণগী মগুণ পুম্নমক মাংহুনা পাপকা মপৈ পুরসম্ম অমস্যুং শিরগম্ম নরক তাসম্ম। অসি হায়রগা হে কচ কিরুগম্ম, কনাবুম্ম য়েক্লুরুম্ম মুভাইনা লৈয়ু হায়খি। কচনা মত্তো অমুম্না মতম থম্ম লৈরবদা মানা নিংবা (সঞ্জিবনী) গী থবক পাংথোক্লবদা ময়ুমদা চৎনিংলক্লে। দেবযানীদা বীদায়গী য়ারী শারুবদা দেবযানীমা হায়খি, ঐবু থবীরমগম্ম নতুং ইল্লগনি, ঐগা থরাইগী ইবুঙোবু নহাক্লা ওইখিয়ু; কচনা হায়হৈদে ইখেম্মা, মংঐদি ইচিন্ ইপ্পা থোক্লে, হায়হৈদে। দেবযানীনা থুমই, থুপী ঐনা থরাই শোক্লা হায়জবদা, য়াবিজ্রবদি ইপাদা তম্বা মহৈ মশিং পুম্নমক্কী!! মহৈ লৈতবা মগুণ মাংবা ওইরো হায়খ্রে। কচম্মা হায় ঐগীদি

মাংলোই, মন্ত্রসি শিশ্য অমদ তৌরগা ৱাগনি, নংগি ক্ষেত্রীগী লিংচেনী জ্ঞান লৈতবগী মতৌ-গুম সুপীনা অতুম্ হায়বা হোনত্রা? নংমু ব্রাহ্মণগী মচা ওইব এনা, ক্ষেত্রিদা নপুরোইবা ওইরো হায়না শাপ তৌনখ্রে। অতুদগী গুরু দক্ষিনা বিদায় তৌরম্লগা; ইন্দ্রগী সভাদা হনখ্রে। কচ উবদা লাইয়াম্না হরাউখি, অতুদগী অকিবা লৈতনা, লাইগা হিংচাবগা অকনবা লাঙ্গাও শোক্লখি, লাইশিংমু বৃহস্পতি পুরোহিতকী মচা কচনা, হিংহনব গুপ্ত বিদ্যা তমু্'র হায়রুনা অকিবা লৈখিদ্রে। তাবিয়ু জন্মেজয় নিংথৌ! শাপ অতু লৈবদগী, যযাতি নিংথৌ ক্ষেত্রিদা ব্রাহ্মনী দেবযানীনা লৈখিবনি। ইতি— হরি হরি হরি।

---

## অধ্যায়

## নহুষন ব্রহ্মাসু পাপ কোনবা নরমেধ জজ্ঞ তৌবগী ৱারী মতাং ॥

সৌতিনা হায়রে তাবিয়ু শৌনকনচিংবা মুনিসভা; যযাতি জুবরাজ ওইব মতমদা নরমেধ যজ্ঞ তৌখীবগী ৱারী ॥ জন্মেজয়না হংজখী লাইনিংবদা লম ওইরবা মহামুনি, করম্বা যুগতা কনানা নরমেধ, 'মীহাপ্প হোম যজ্ঞ' বু মতৌ করম্না তৌখিবগে? ননাই তাজানংই মুনিনা চান্বী-ড়ুনা, মথং মথং চিংথহন্বীদনা লিবায়ু। বৈশম্পায়ন্না হায়রকই তাবিয়ু মহারাজ। সুর্ভানবাগী গর্ভদগী পোকখ্রবা, পুরুরবগী মচাম্নপা মচাংপা, অশোকনতৌগী মপুবোইব। 'নহুষ" কৌবা, মতিক মগুন্না ইন্দ্র খুবম ফংখ্রবা অচৌবা নিংথৌরেন অমা পাল্লমই। মত অমদা মাগুম্বা নিংথৌ অতোপ্পা অচৌবা লৈবমদা হাযবা ৱাই, তৌইগুমমুং পুন্নমক্তদি ফরগা, ব্রাহ্মনগী মরম শোকখিবা ব্রহ্মাসু কৌবা পাপ, দাম্ভোবনা তীর্থ সেবান কোক্রবা অমমুং মখোইগী মথক্তা তৌখিবা দোষ পুন্নমক। কোক্রবগীদমক নরমেধ কৌবা যজ্ঞবু নহুষ নিংথৌনা তৌখিরম্মী। নবমেধ যজ্ঞগী ৱারীদু, মুনি সভাগী মফমদা ঐনা লিজরগে তাবিযু; নহুষনা নোংমা মুমিং অমদা ব্রহ্মসভাদা মশাগী ছিত্রবু করি লৈবগে হংখি। ব্রাহ্মণশিংনা নিংথৌ নহাক্তি "ব্রহ্ম বৃত্তি হরন" (ব্রাহ্মনগী জীবিকা ওইরবা মপোৎ থর মাংহনখিবগী পাপ লৈবে হায়খি। নহুষনা অদুদি করিনা পাপ কোক্কনি? ব্রাহ্মণ্না খুমই — নরমেধ যজ্ঞ তৌরবদি কোক্কনি। ৱা অসি তাবদা যজ্ঞগী মরমদা ব্রহ্মন্না তাকপা নিয়ম পুন্নমক লোতনা যজ্ঞ তৌরগে হায়রুনা ৱাজ কুমার মচা ইবুঙো যুবরাজ "যযাতিদ" মুন্না থবক শিন্নখ্রে। নহুষ নিংথৌ যজ্ঞগী মপোৎ লাংহুনা, বেদগা, ব্রাহ্মণশিং বার্তন চংখ্রে; ব্রাহ্মনশিংনা যযাতিদা অমুক হায়খি, তাও যুবরাজ। হন্দক্তা নপাবুংগী যজ্ঞ অসিদা, মরু ওইনা ৱাওদবা য়ত্রবা পোংশক্তি? মী হাপকদবনি। অদুদা নিংথৌ ১০০ হাপ্পগী মহুত্তা ব্রাহ্মণ মচা অমথক্কুনা গুণ

হেল্লি, মরম অহুনা চহি ৭রোমগী বয়স ওইরিবা ব্রাহ্মণ মচা অমা য়াওগদবনি। নমহুনা ফারুবা, অহল ওইরবা থবক কাম্নরবা মী অমসুং পিক্তা পিল্লিবা জ্ঞান তাগ্রিবসু য়ারোই। মশানা য়াবা মপা মমানসু য়াহ্নবা পিরক্লবা অভাংনা যজ্ঞদা বাপকদবনি অহুনা যজ্ঞ লোইগদবনি। পৃতি বাক্য ভাক্লুনা যুবরাজ যজ্ঞগী, থবক পুম্নমক য়াত্তনবা লাংথী; যযাতি যুবরাজনা অহুক লৌরবা থবক্তা মায়রোং য়াখি। মরাক মহুং মান্নবা কুণ্ড তৌগ্রে, চিথেক মরিদা ছত্র, ফিরাল; লমু-চু মুংবা, ঘট থিল্লবা; যজ্ঞদা য়াওবা হৌনবা পোৎলম ভমসুং তৌফম থোকপা থবক কয়ামরুম ঘি, থাও, শিংগং মপৈ, মপৈ, চেং, থোইদিং, তিংথৌ, হৈথাগোক, গঙ্গাজল, চন্দন মরমশুনা, লৈ, কাব্রং মথল কয়ানা শেম শারবা থাকলনা কুণ্ড মথক্তা থনবা অসিনচিংবা পোৎলম্না শেমশাবা লোইখ্রে। যজ্ঞদা হুম্নিগদবা, বেদ মন্ত্র খিবিগদবা, পুরোহিতনচিংবা, ব্রাহ্মণ ময়াম বার্ত্তন তৌরুহুনা থুংলরে। মতিক চাবা সেবাগী থোয়াংসু অরাংপা লৈহনখিদে। যজ্ঞগী য়ৈথাই থিনগাইবা ভাক্লবগীদমকসু লাক্নী কয়ানা কোয়খ্রে। মতম অহৃদা যযাতিনা সারথী কৌশিল্লগা; রথ অমদা সনা উপু লুপা উপু থম্না হাপ্লগা! ব্রাহ্মণ মচা থিকনবা হান্নবা ব্রাহ্মণ্ণা ভাকপগী, নিয়ম খংহন্দুন সারথীদা শিন্নরক্লে। সারথীনা রথগী শেমশাবা লোইরহুনা, মপাবুত, থুরুমজরগা, ব্রাহ্মণশিংবু থুরুমজরক্লে। ব্রাহ্মণ ময়ামনা হায়রকই, যুবরাজ ব্রাহ্মণ মচা কংলগা হল্লরুবদা!। যজ্ঞ লোয়শিনগদবনী, চৎলো হায়খ্রে, যযাতিনা ব্রাহ্মণ মচা খিবা চৎখ্রে, সোমদসু যজ্ঞ হৌরে। মী তাবা খুদং খুদিংদা হংলক্লে — অম অসিবু ব্রাহ্মণ মচা য়োনবা য়াবা লৈব্রা? ঐনা পাম্বদি চহি ৭ দগী ১০ শুবা বয়সনি। অতাবা মীনা খুমই— কবিগী ওইরবনো? বেদ তম্বিহনা পুরোহিত ওইহ্ননবরা, নংগ্রগা লাই লাংপদা সেবা পুহ্নরবরা? সারথীনা খুমই, মগে নত্তে, হল্লক্কী ব্রাহ্মণ অসিদি হস্তিনা লৈবাক্কী নহুষ নিংথৌগী নরমেধ যজ্ঞগীদমক্কী, মশামা য়াবা, মপা মমানসু য়াহুনা পিরকপা, য়ান্না অহল ওইদবা, য়াজমকসু অভাং ওইদবা চহি ৭ তগী ১০ গী বয়সদা খিবনি। অহ তাবদা মীয়ান্না যযাতিবু চৈনবক্লে, কদায়দগী অভাওবনো যজ্ঞগী মৈহুংদা থাদনবা কনানা মচাবু পিরকদগে, খর থুনা চংখ্রো, অমসুং অতৈদা হায়রুসু মীনা য়ারোইদবা য়াফম্লি। প্রজাশিংনা ভাংনহৌই নিংথৌনি; মরনলৈ তৌবভমই হায়বগী মত্তিক তৌরিবনি; ঐখোইনা হায়রুবা য়াদবগী তৌবনি, তাবদা নুঙভাইন্তে। রাজাং অসি তাবদা যযাতি অহ, য়ান্না থুনা চংথরে, মফম খুদিংদা হংল হংলহুনা' পোথাবা লৈত্তনা ব্রাহ্মণ মচা খিথরে। তৌইগুম্বসুং ব্রাহ্মণ মরাং কায়না লৈবা লমদা, তারগা য়োম্নিংলমই, যজ্ঞগীদমক্তি, তাবদা পিনিংদে, মশক খ দবশিংনা থীনা থীনা হায়হুনা অভাওবহুম তাখরে। মতো অমুম্না লম কয়া লাম্না, দেশ বিদেশ লাম্না চৎতুনা মুমিং কয়া নিমুক থিবদা, শুকক্বং কংথিদে। দেশ খুদিং কোয়হুনা থিরকপদগী, যমুনা তুরেনগী থোংবান্দা অগুম লাকপনী ব্রহ্মপুর খুনগং অমদা থৌডভরে, যযাতি খুদং অহুদা চংলকপদা মুংশানা শাথরবা। মুমিংনসু মুংলমদাই মগমদা খোংনাং অমগী উকমদা পোথাহুনা যযাতিনা লৈরিবৈদো লাইরবা ব্রাহ্মণ অহল ওইরপ তৌরবা "জনার্দ্দন" কৌবা ব্রহ্মাণ অমা ভিক্ষা চংলুবদা কবিগুবা অমতা ফংগ্রহুনা ময়ুম তান্না; হল্লকমই।

যযাতিনা ব্রাহ্মণ মগা লৈবগী রা অহ অহল অহুদা হংখি। মমৈগী রা থওক্রিগৈদা জনার্দ্দিন্না মচা য়োল্লগে হায়দোক্লখরে। মরমদি— লাইরবনা চাদ--থক্কহুনা শিগদবগী শক্তি, মমল অসিনা ঈশ্বরদা কংহোবা, ইচাসু মীনা য়োকপিহুনা, মুঙাইখিবনা কগানি থম্লুবননি। তৌইগুম্বসুং করিগীদমক্তো হংলুবদদি, নরমেধ যজ্ঞগীদমক ওইরমলবদা লাইরবা ব্রাহ্মণ জনার্দ্দন অহ, বজ্রনা থাবদা রাম্বুবা। মীগুমথরে। রাথল ঙাহাক থল্লূরগা আত্মানিন্দা তৌরকই, কয়ামুক কম্ম ফংলক্তবনা দবা অসী ফংবনো, ইচাবু যজ্ঞগী মৈদা থাদনবগীদমক থুনা পীগে হায়দোক্লূরেদা। হাই -- হাই। হরি হরি॥ বিষ্ণু বিষ্ণু!!! লাইরবদগী অশুক শাঈনা হায়রুবনি হায়রগা, মমিৎ পাংথোক্লকপদা অহুক ঙান-থরবা সুম্বিৎ য়ুংবা মতম অহু, থাশিগী অহিং নোংয়াম্পুগুমা পুম্নম মমথরে। হরি হরি। বিষ্ণু বিষ্ণু!! হায়বগা মরু লুকথবগা চিন্তা তৌহুনা লৈথোকখরে। ব্রাহ্মণনা ঙাঙাংদনা তুমিন্না লৈবহু উরবদা; ব্রাহ্মণবু থুরুমলগা অমুক যযাতিনা হায়কৈ, ঐনা থিরকপা ব্রাহ্মণ মচাদি চহি ৭ য়োমগী বয়সদগী ১০ শুবা ফাও, মমা মপানা পিবা, মশাসু য়াবা, থিজরকপনি। অহুমক ওইরবদি ঐগী রণদগী সনা লুপা ময়াম অসি থমজরমগে; দৌজানবিহুনা পিবিরো। মশান য়াহুবসু লৌজরেংই, মশানসু য়ারব অদুতনা যজ্ঞগী পুগনি। রা অহু তাবদা ব্রাহ্মণ অহু. পংথরুবদগী জ্ঞাস্তারক্লহনা থক্লকই, ঐনা হাইদোক্লুরিবা রা অসি করিনো; ফরে অহু মঙাইরে! পোক্লবদি শোয়দনা শিরগনি, শিরবদি শোয়দনা পোকনি, হায়বা মশানা ভাবা সাস্ত্রগী নিয়ম লৈ। লাইরবনা চাদ-থক্কহনা শিবা নংত্রগা ফংত্ত কংতবা পাপ তৌজহুনা শিববুদ্দি, মীগী যজ্ঞ কায়গদবদা লাইরবা ঙগী ইচা অহু লৈরম্বদগী কায়দবা বিষ্ণুগী শক্তি ওইববা নিংথৌগীসু কান্নহনবা অসসুং "যজ্ঞশ্বর" কৌবা ঈশ্বরবু ফংখবনা ফবা তাবে, অহুগীসু মথক্তা; ব্রাহ্মণমচা ওইবা ঐনা হায়দোক্লূবা রাবু করম্না হজ্জিনগনি। অসিগুম্বা রাথল কয়ামক্রম থল্লূরগা হৌগংলক্রে। অমসুং হায়রকই, হে নিংথৌগী মচাইবুঙো! গর্ভগী অরাবা থাংজরবী মমাগী রা অমজং লৌকখিগে, হায়রমলগা ময়ুমলোমদা চংখ্রে। ব্রাহ্মণ অহু চিন্তা তৌরহুনা মাইথোংদি, বাহুনা উমলবা চন্দ্রনা মকশিনবগুম চংলক্রে। পুকচেল ফজরগী সত্তী ব্রাহ্মণীনা, মপুরোইবদা থুরুমলগা ঝ্রূলী ওকচগে হায়রুরে। ব্রাহ্মণ অহুদি হেংই, মাঈ ঈহায় হায়দনা চংশিল্লগা মাঙ্গোল ফমেলদা, মমায় ঈমক মকাশিন্দুনা চিন্তা তৌহুনা কমতুনা লৈথোকখরে। মপুরোঈবগী চিন্তা অহু উবদা, ব্রাহ্মণীনা অমুক হেন্না রাথরহুনা, নোক্লুকপগা লোঈননা মরম হংজরকঈ।

জনার্দ্দন্না থুমই, ইবেম্মা, লাইবক থিরবী নঙোন্দা ঐগী থম্মোয় মুংঙাইত্রিবসি করি হায়না পাওদমসিগে, নং ঐগী ইচা মুপা "কুশধ্বজ" য়োল্লগে হায়রুরে, লৈগদবা মী অহু হৌজিকগক ঐখোইগী থোঙাম্বা লৈহৌরি। অহু তাবদা ব্রাহ্মণীনা মরম করিগীনো হংখি? ব্রাহ্মণা হায় তাও লাইরবী ঐনা অহামবদা থল্লি, ব্রাহ্মণ মচা লৈগে হায়বসিদি লাই লাংনবা, বেদ তম্বীহুনা

জনার্দ্দনগী মচা ৫ লৈ, তৌইগুম্বসুং মচা ৪ গী রারিদি লৈতে, অতোপ্পা "কুশধ্বজ" মতোমত্তগী রারীদি লৈ, মরম অহুনা মচা অমত্তা পোকপগুম্না ইরবনি।

শেমগৎপিগনি থম্নই॥ মমৈদদি হস্তিনা লৈবাক্কী নহুষ নিংথৌগী নরমেধ মজ্ঞদা, হাপ্নবগীদমক্তি হায়ৱক্লে। ইচিন্নম হায়দোকখরে, ব্রাহ্মণ ওইবনা হায়থম্নবা রাবু ভাকত্রবদি॥ ধর্ম্ম পুন্নমক্ত মাংলগনী। রা অসি তাবদা ব্রাহ্মণীদো, তু থ্যাও চুংখি, অমস্থং মকোকথক্তা খুৎ হাপলগা, হায়হৎহুনা লৈমাইথক্তা তুথরে। মতম অহংদা ব্রাহ্মণ অহুম হায়কম তৌফম থংদহনা, লাইরবগী মপোক অসিদি ওম্থোকপা নোংমদবু তম্মখিদা, হায়না জ্ঞান মাংহনা লৈখোকখরে। অমুক জ্ঞাম তারক্লগা হায়রকই, ভাইখো রাকম অমদী লৈরী, মশানা য়াত্রবদী লোয়োই হায়রি পৃয়ে। ভাই-হাক লৈরগা ব্রাহ্মণী জ্ঞান তারক্লে, অমস্থং ব্রাহ্মণা ব্রাহ্মণীদা রাকম অমমু হায়খি, নংগী ঐগী কর্ম্মগী ফলনী। লাইরবনা চাদ থক্তহনা শিবা, অনদি কর্ম্ম ফৎতবা তৌরুদ্রমা শিরগা, নরক তাগদবগী শরুকপুদি, ব্রাহ্মণ ফংদহনা যজ্ঞ কাইগদবহ। লাইরবা নং ঐগী ইচা অহু লৈয়মুদগী কাইদবা অমস্থং যজ্ঞেশ্বর কোবা ইবুঙোম্ম উনবা ওইরসগ। ব্রাহ্মণীনা হাই, হাই। করি য়ানো তাকপিরিবা রা অসিবু, ইচাবু মৈমুংদা থাদহনা শিহনগদবগী শরুক্তি, ননাই লাইরবী ঐনা ইচাগী মহুৎ শিন্দুনা, চচ্চবা য়ারোইদ্রা অজ্ঞা? ব্রাহ্মণনা হায়বকই, ইচাগী য়াক্লা মহুৎশিনবদী য়াররোই, চহি ৭ তগী ১০ ফাওবা অদুতনী। মতৌ অসুম তৌনা মুংশিবগী মরমা, মথোই অনিনা ভাংনখিবা অহুদি, ওম্থোক্লা য়ামথ্রবনি, তৌইগুম্বমুং লাইরিক চাওথরগনি হায়না কিরু-বদগী ঐনা অয়াথা ইজন্দ্রে। জনার্দ্দনা হায় লায়রবী নং য়াক্লা ইচা মুংশিবগী, অরাবা কয়া পুথোক্লনা থননরিবা অসিবু, মায়া হায়বক অসীনি মায়াদা তাওরবা জীবনী। রাফম অসী ভাংনরবগী মকুংদা, ব্রাহ্মনীনা, মপুয়োয়ববু ঈশ্বরগুম্না থনবা, অমস্থ মপুয়োয়বনা হায়বা ইন্দ্রবী মুপীদি, মানা পাঙ্গীবা পোং ফাও ঈশ্বরনা লোদ্রে, হায়ব থংবী ব্রাহ্মণীনা, ইপুরোই না নিংবা থুংবীখরো হায়না, মহাকম্ন য়াবগী রা উংখরে। মতম অদুনদ মচা মুপা 'কুশধজ" দি 'লৈকাইগী মমান্নবশিংগী মকুং ইন্দুনা, গোচারণ - যনশেনবুংদা যন শেনবা চৎখিহনা, ময়ুমদা লৈরমদে। মরম অহুমা যযাতিগী সারথীদা, অভাং কোরুগে হায়রম্লগা, ব্রাহ্মণা বনলোমদা থোকথে। অভাং অহুদি চাক চাবা ফংলক্তবা, চয়া অহুম হেল্লক্লবনি। অয়ুক্তা মমান্নবশিংনা কৌরকপদা মমানা থামই, মহাক্লা রাথিদে; মমাদা মানা হায়জৈ, অমুয়া পাবুং ভিক্ষা চৎখিবা ভাইহনা লৈয়বদি, চাদবগী অরাবা হেল্লগনি, কাউননবা যন শেনবুংদা শামরুগে, পাবুংনা হস্তিনক্লগা ঐবু কৌবির কউ, হায়রম্লগা চংখিহনা বন্দা শামরি। কুশধজদি অভাং ওইনা কৃষ্ণ ভক্ত লৈবা, ভক্ত প্রহ্লাদগী মতৌগুম্বা কৃষ্ণপ্রেমী ভক্ত অমনি। অভাংগী হৌনবা মথল করানা শাম্নবা থামগা, কুশধজনা হায়। অরেম্বদা মতম মাংহনগহ্নসি, পাবুংনা তম্বিবদা য়াওথ্রবা রায়ীগী লীলা শামসি। অভাংশিংনা য়ারহুমা কুশধজগী য়াতবু ইরখ্রে। মানা হায় ইত্তাওশা। ঐথোইনা বন শেমগুম্না শ্রীকৃষ্ণনা গীরি গোবর্দ্ধন দা শেনখিবা মতৌ শামসি, হায়রগা, মীওই য়েংহনা মত্তিক চাবা "রাম", "কৃষ্ণ", শ্রীদাম, সুদাম, সুবলনচিংবা, শাহমুনা উমানা কোক্তা থেক্তমা, চুড়া ওইবা লৈতেং শেমহনা, ব্রিন শেমা

লীলা শায়থি। কুশধজনা চিংহুনা ইশৈ শকই, জগোই শাই, চোংই ওথোক্লা হুন্তাইনৱে। কমি অমুক হায়গনি— য়ুংগুম্না কল্লিব ; অঙাংগী থৱোইবু শ্রীকৃষ্ণগী ওয়া, মহি চেনবগুম্না পেংৱে, মুন্তাই-নরে। ব্রাহ্মণ মচানা পেল্লহুনা, মরাইদা লৈরিবা "রাম কৃষ্ণ" লেলোয়রিবগী চয়ণ কোন্দুনা, মমিত্তা মপি তাক্লনা থৃকমহৃক। অহুদা রাম কৃষ্ণ শারিবা অমিনা হায়, লাইরবা ব্রাহ্মণ মচা মংনা নিংবা থুংজরো। মতৌ অসুম্না লীলা অহু শায়বা লোইশিল্লে গোচায়না রাম কৃষ্ণগী শায়বা মতৌ অহু মপুংফাবা ওমদাং অঙাংনিনা !! লিলা লোইরহুনা পোথানরে। অঙাংশিং অহু ময়ুমদগী মমানা হাপ্পিরকপা, অচাপোং লোথোক্লনা চায়গা পোথানরে। কুশধজদি চাও হায়বা য়াদে, মরমদি মপোক থীরবা ঐনা, মীগী মপোৎ চাশিন, লৌশিন্দুনা, লমন তোনশিল্লরোই ; হায়বা অসি থন্দুনা, তোপ্পা ফমহুনা লৈখি। যণশেন্নহা ময়ামহু চাব-থকপা লোইরহুনা, অমুক থৱৈ কুশধজসী য়াম্না হৈথে, মাবু তাকহল্লগা শায়খিসী। অঙাংশিংনা অহুগুম্বা অংগা শাননখিসি, হায়রক্লই কুশধজন তয়ীহুনা শ্রীবৃন্দাবনগী। রাস লীলাবু হৌহুনা শায়রক্লে। জগোই অহু তথ্বাই চল্লকপদা, মপাবুং ব্রাহ্মণ লাইরবা জনার্দ্দিন্না, মচাবু কৌখিরমই অনিরুক অহুমক কৌরবগী মমৈথংদা, তারহুনা কুশধজনা থামহুনা জগোয় লেপথি। পাবুংনা ঐবু কৌরে, চরা অহুম চারক্রবনি, ভিক্ষা হক্তিল্লক্লনা চামিন্নরসি হায়না কৌবিমাল্লে, হায়রম্নগা শামফমদগী চেম্থোরক্লে। অঙাংশিংনা জগোই কারবগী মুডাইহৌদে অমসুং হায়নহৌই, ওম্বোকপনি মানা চরা হেল্লকই হায়রবদী অঙাপোৎশিং অহু মঙোন্দা পিজদোববু ঐ-থাইদি ভাব তাহোদে মা য়াওগ্রবদি ঐথোইদী শায়ব লেপ্পা তারেদো। মহাক্লা চাও হায়বসু য়াথিদে, অসুম থন্নহুনা রাসগী ক্রোমদী হৈতবনা, তাকপীনব লুচিংবহ য়াও-গ্রবহুদা, শঞ্জেনবুংদা ফমহুনা লৈহৌই। কুশধজনা মপাগা উনথি, মপাবুংনা পম্নগা কপ্পা কপ্পা মচাবু চুপ্প চুপ্পহনা মযুম্লোমদা হল্লক্লে। লাইরবী ব্রাহ্মণীনা মচাগী থম্নুবদা লৈবা ওম্নদে, মশম মনা ইফা ফাংনা অঙাওবীগুম্না, চেম্থোরক্লগা মচাবু ওক্লগা পুশিঞ্জরকই মচাবু ইমুংদা পুশিল্লগা হিক হিক লাউবা মীকপ্পা, মচাদা য়েংহুনা চেংনা কোল্লগা কপখিবহুদি প্রমাণ লৈখিব্রে। মচানা মরম হংই, অহানবদা পাক হায়দোকপা ওমখিদে, তোইগুমসুং হায়দবা য়াদহুনা, জনার্দ্দিন্না মরম পুন্নমক মচাদা তমথোকথে। মপাগী ব্রাকমত তারগা ঐ শিরুগনি হায়বগী, অরাব থজিক্ক থদুদনা ইমা ইপাগী লমন শিংলয়গে হায়ম থল্লগা !! কুশধজ পুক্লিং লেপথী। মচা ঐ পোকপগী লাইরবা ইমা ইপানা, ঐগী মমম্না ঈশ্বর সেবা, নিংবা থংনা সংসারদা লেলহোরসন্ন। অমসুং তোল্লবসু লাইরবগী মচা ঐ অমনা, নিংথোগী মিংবা কায়ব্রসন্ন থমথিহুনা ; মমা মপা অনিদা কপকন্নু কপ-কন্নু থেমথে। অঙকপনি ! অঙাং অহনা মমাদা মপাবুংদা সংশাবগী লমচৎ নিয়ম কয়ামরুম লীহুনা অনিগী থমোই ফাখিবহুদি ইকংনা লোইররোই। অঙকপনি বৈষ্ণবকী মতৌ মথা মপাগী থোং পাইহুনা কোক হাপ্লগা, গুরুকপান কৃষ্ণ ফজে নিখী। মতৌ অসুম তোহুনা ব্রাহ্মণ্না মচাবু থবাক্তিদা কপ্পা কপ্পা শিনহুনা পিৱে। সনা লুপা হৈথবয়ে, মপা মমা থুকমহুনা, থিদায় লৌরিগা থথদা

কাখংখে। অতুদা থাংজিনা নৈংগদবা মমা কনা মপা কনানো ? অশিছ য়াম্বহনা জান মাহ্লনা তুখে। মমা মপানা জ্ঞানতাদি নৈদা থৌবিহৌরো হায়রক্রে, যযাতিনা হয়াউবগা লোইননা হল্লিনা মাইকৈ পাংবা, মব য়াংনা থৌহনখী। যযাতিনা ব্রাহ্মণ মচা কংহনা হল্লক্লিবসী, যজ্ঞ হৌথিবা মধুপুনিমাহ্নগী, ওল্লকপা পুণিমা য়োগদবা ৩নী বাংলিবা শুক্লাগী ত্রয়দশীনী। যজ্ঞ মকম য়োঙ্হনা থমকম চানা থমহনা, লাম্মীশিংনা ওাক শেন্দুনা অঙাং থমখ্রে. অমসুং যযাতি যুবরাজনা, নিংথৌদা য়ারম পুন্নমক হজংখে। নৈপাক মীয়াম য়া য়া লাওখি, অঙাংবু উরগা, শোয়দবা কপ্পবা কমা য়াওখিদে। নি থৌগী মাংদা পৃশিন্দুনা অঙা মন্না হংবদা, অচুম্বা মশানা য়াবা, শেংনা য়োল্লকপা অওইবনি থুমই। নহুষনা পেন্দুনা হায়, মপুক্লিংদা চিংনরবদি, সত্য ! সত্য ! মচাগী মুংশিবা খংদবা নিংথৌ নত্তে নংনা চিংনরবদি ঐগী যজ্ঞ কায়গে কায়সল্ল মযুমদা থিনবিগে ; অঙাংনা য়াখিদে, ঐদি মহারাজগী যজ্ঞদা য়াওগে লাকপা, তশেংনা ঈশানা য়াবনি থুমথি। অছু তাবদা নিংথৌরচিংবা প্রজ্ঞ য়মক, অমুক্তং ওইনা ঙাংলথি, শোয়খি; কপ্পথি। ব্রাহ্মণ মচাগী পুকচেন্ ফজবা, সাধুগী লক্ষণ ওইবা, ভক্তিগী য়াঙাং ঙাংবা তারগা। অহুগী মতুংদা নিংথৌনা অঙাংদা, নংমা পাম্বা অমত্তং ঐঙাম্বা নিঙ্‌ হায়রক্কে। মতম অহুদা কুশধজনা অতৈ করিগুম্বা অমত্তা পামদে, চাক্তদি চানিংই। মহাক্লা হায়জৈ মহারাজ ইবুঙ্গো ; ননাইদি লাইরবা মচা ওইবনা, চাক চাবা কংলকবা চয়া অহুম কংলক্তখমি, চাক লাপ্পনা থাংবা ঙমদে ; চাত্রবদি যজ্ঞগী নৈবংশু কাবা কয়োইদৌরি, মরম অহুনা ঈশ্বরগী মহাপ্রসাদি লুককম অমত্তং পানবিযু হায়রক্লে। অঙাং অহুগী য়াঙাং তাবদা, মীয়াম পুন্নমক চপমায়না কপ্পখি। ব্রাহ্মণ মচা অ স বৈষ্ণবনী, মাগী পেন্নবা সেবা তৌরগা, যজ্ঞে শ্বরনা পেনবীনী খংহনা, নহুষনা য়াখং পীহনা ঈশ্বরদা কংলুববা, লাইরক অমা ব্রাহ্মণবু পুহল্লক্লুনা অঙাংদা পীরয়ে। অহাও অথুম মশিং করামকম্না। শেম শাহনা থোং-থাক্লবা ; মথেল কয়ামক্রমগা। লোইনরখা চাক উবদা, অঙাংনা ক্ষমথহনা চখোম অমা লোখংতুনা হরি শোন্দুনা চাখ্রে. অমুকসু চখোম অমা লোখংলগা হুকে তৌবদা ! লাইরবা মমা অমসুং মপা নিংশিংলক্লুনা, চখোম থাদোকতুনা হিক হিক লাওনা কপ্পুনা নৈথোকখে। মতৌ অছু মীয়াম্না য়েঙ্গী, খঙৈ, অঙাং অসি মুংশিদা লাইরবনা য়োল্লক্লিবনী ? তৌরিদকো লাইরবা শিরনা থনবদা চাক য়াজেদো। অঙাগী মতৌ অছু উবদা নিংথৌনা হায়খি, নপুক্তা চিংনরা ? ব্রাহ্মণ মচা অঙাং অহুনা —চিংনদে, অজ্ঞা ইমা ইপা নিংশিংলক্লুনা তৌবশি, মরমদি লাইরবনিনা অসিগুম্বা চাক অসি চাবা কংদবা মতম কুইখে ! ঙসি ঐদি কংলে, ইমা ইপাদি কংদে খল্লহনা তৌবনি, ঐ চাররোই হায়হনা, মখুং হামদোক্লুনা তোকখে। ছন্দেহ পাম নৈপী চাও য়াক্রে হায়জৈ, মহারাজ ঐ ব্রত তৌজরগে, যজ্ঞেশ্বর শ্রীহরিবু নিংজবন, নিংথৌগীসু মঙ্গোল' ওইগনী। নিংথিজরবা নিংথৌগী কিজেং পিন্‌, অঙাম্বা শেহহু য়াখিদে, অমসুং হায়খী মহারাজ লাইরবী ইমানা থোনবীয়কপা' অদ্মোংপা, পেপায়রবা কি অমনা থাংদ অবদন ওক্লা য়ামিরিবা, অসিনা ইমা ইপাগী মেবা কংলি হায়না

নিংজরগে। জগত অসিদা মমা, মপাদ, মচাওইবগী অথোইবা গুরুনী গুরু কৃপাময়। সংসার থারগা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ কংগদবনী; অহুন তৌজবনী? হোমগী মতমদা হোংজরগে অসুম্না লৈরে। মধু পূর্ণিমা য়োরে ব্রাহ্মণশিংনা পূর্ণাহুতি পিননবা হায়রুনা হন্না হন্না কৌররে। নিংথৌগী মনাই-শিংনা মতম অহুদা পুংশেল, বস্ত্র থোংহনা, খুৎলাই পাইবা কয়ামরুম্না চপুনা মমাইদা চৎহল্লগা যজ্ঞদা ব্রাহ্মণ মচা পুররে। বেদগ্য ব্রাহ্মণশিংনা তীর্থগী জলনা স্নান তৌবিরে, তিলক থাগন শংস্কার লোইরে, ফিশেং হোংলে নহুষদা শিগ্ররে। যজ্ঞগী লৈরং মথক্তা পুখৎলরে, কুশধ্বজ থমোইদা চেংনা শ্রীহরিবু ধ্যান তৌজররে। মীয়াম পুম্নমক্না জয়ধ্বনি লাওনররে; ব্রাহ্মণশিংনা বেদ মন্ত্র খিত্তুনা॥ চেং থোইদিং, লৈপত্র, কুশ তিংথৌ, ঘী লোইননা হোম তৌরকলে। অন্তর্যামি শ্রীহরিনা উবরুনা, ঐগী প্রানগা মান্নরবা জগোই রাসবু লোইশল্লমখিবা, ইনাইনি হায়রুনা লেংবিররে। অঙাং অহুদি লাইনিংবা লেংইরে, হায়রুনা ঈঙ্গিং পিবদা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ মচাবু কোনথত্তুনা, শ্রীহরিবু শোল্লগা অচাকপা, মৈগী কুণ্ডদা লংথখ্রে। থুদক অহুমক্তদা শ্রীকৃষ্ণনা. মৈসুংদা লেংশিন্দুনা মনাইবু কোনবিখ্রে। মৈ অহু শাদবা অমসুং মৈদগী অমুক হেনবা মঙাল অমনা মহাকপু কোইশিনবা অহুদা! অঙাংনা মিং পাংহনা য়েংলকপদা। মবুঙো শ্রীহরিনা কোনবী-হুনা লৈরম্বহু উবা ফংজরে, জগৎনা ফঙঙমদ্রবা "ভগত বৎসল" মনাইগী প্রেমগী মথা পোন-বিবরা? শ্রীহরিগী পাদদা কুশধ্বজনা, মথুং লোম্নদুনা হায়জে। মৈসুংদা, শাহনবিদবা ইবুঙো নহাক্কি ঈশ্বরনি, মীনা ফংডমদবা যজ্ঞেশ্বর প্রভু ফংজবে, লাগরবা তৌরগা ননাইবু থাদোকপা? মীনা ফংঙমদ্রবা শ্রীচরণ ফংলিঙৈদা। ননাই থরাই থাজরগে॥ শ্রীহরিনা হায়বিরকই ব্রাহ্মণ মচা নহাক্কি ঐগী জগোই লোইশিল্লমদ্রি, শিবা য়াদ্রি হায়রগা, মৈসুংদগী কোন্দুনা পুখৎলরে। যদ্ম মৈসুংদগী শ্রীহরিনা, কুশধ্বজবু পুথোরকপসী মীয়ামনা ব্রাহ্মণ মচাবুদি উখি, অমসুং শ্রীহরিবুদি উখিদে। নহুষ নিংথৌ মতৌমত্তনা, উবা ফংজখি। নহুষ মহারাজদ মুনিঋষিশিংনা চাদ থগুনা, চহি কল্লচুপা নিংবদসু ফংবা ঙমদ্রবা। হরিবু বৈষ্ণব শজনা ফংজবে। যজ্ঞেশ্বর কোবা ইবুঙোসু মহাক্কি, অদুনা নিংথৌনা চোংথোক্কুনা কয়ামকম লৈশি লৈথোন্দুনা থুরুমজরে। শ্রীচাম ইবুঙোনা হাই, ব্রাহ্মণ মচা অসি খিনখিক, অহুগা নিংথৌ নংগী নরমেধ যজ্ঞ অপাতা নৎহনা। চামরক তৌবগী ফল মহৈসু ফংজরো। কুশধ্বজ নহাক্না ঐগী মূর্ত্তি অসি উনা শারগা। 'লাংচৌ' অহুগা জগোই রাসবু মপুং ফাকল্লুনা, লাইরবা নপাবুং অমসুং নমাগা লোইননা মুঙাইনা! অরাবা কোক্কুনা পাল্লুরো। অহুগী কান্দা লাইমক্না ফঙঙমদ্রবা ঐগী রাসমণ্ডলবু ফংজৌ। অসুম্না বর পিবীরম্মগা অন্তর্ধ্যান ওইখি-হুনা। হরিধামদা লেংখি। নহুষনা ব্রাহ্মণ মচাহুবু পুজা কৎলগা; যযাতিবু ময়ুমদা সনা লুপা কয়ামরুমগা খিনহল্লুরে। মচা কাইনবগী বাবনা 'জনার্দ্দন" ব্রাহ্মণ অমসুং ব্রাহ্মণীহুদি। প্রানগা দেহগা কাইনরমদোরে। শিরুবদগী হল্লকপা মচা কংলবদা, প্রমাণ অমা পিনিঙাই লৈত্তনা হরাওখরে। মতম থুদিং ঈশ্বর লাংহুনা অরাবা লাইরবা কোক্কুনা পানখ্রে। নহুষ নিংথৌসু দান দক্ষিনা

কংতুনা যজ্ঞ লোইশিনখে। অসিবু তাজরবা মী অহুদি পাপ কোক্নুনা যজ্ঞ অহুগী মহৈ লেপনমক কংই। মসিবু শ্রীব্যাস দেবনা লেংখরবা মহাভারতকী ৱারীনি। ঈতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥ মতাং অসিদা ৺শ্রীখোকচোম তোম্বাও সিংহ কথাবাচক পণ্ডিতকী ইবারবা ৱারী শৈরেং শরুক লোয়জরে। ঈতি।

— — — —

## অধ্যায়

## দুষ্মন্ত শকুন্তলা গন্ধর্ব্ব বাবাহাগী —

### ৱারী মতাং।

অধ্যায় ৯ অসিদগী ৺শ্রীলাইময়ুম বিরচন্দ্র শর্ম্ম কথাবচক পণ্ডিতকি শরুক লেংহুনা খনবা ৱারী মতাংহৌজরে। নৈমিষারনাদা ৱারী তারিবা শৌনকচিংবা মুনি ময়ামনা হংলকই, কৌরিক ভরত বংশগী ৱারী লিয়ে। সৌতিনা হায়রি তাবিযু ব্রহ্মা সভা পুন্নমক, ভারত তারিবা পরিক্ষিতকী মচা জন্মেজয় নিংথৌনা খুং লোন্নহুনা হাযবকই। মহামুনি চন্দ্রবংশ অসিবু, ভরত বংশ কোখিবগী ৱারী লিবীযু। ননাই তাজগে। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই, পুরিং চংনা তারো মহারাজা, মমাংবৈদা ইনিল্লগী মচা দুষ্মন্ত কোবানি থৌ অমা পাল্লম্মী, মাগী মিংচংনা মরোল অহুম শিন্দুনা ফাওরম্মা। চন্দ্রবংশগী নিংথৌনি বিষ্ণানারদা পাল্লি, সমুদ্রনা বীরজা ওইরিবা জম্বুদীপ অসীগী, সর্ব্ব ভৌমা পতি ওয়রম্মনি।

দুষ্মন্তদি থৌনা ফবা; মহৈ হৈবা, মপাঙ্গল কনবা, মগুণ চেনবা ধর্ম্ম লৈবা অমা ওইরম্মী, পৃথীগী নিংথৌ পুন্নমকনা মাগী মথা পোল্লম্মী, প্রজাবু মচাগী পান্দমগুম্না পালন তৌই। নোংমদি অগস্ত মুনি লেংলক্লুনা, রাজা সভাদা থুংলরে। মুনিবু দণ্ডবত কংতুনা থুকম্মী, সনাগী আসন থাই মতিক চানা পুজা কংলি। খুং গোন্নহুনা কবি দান কচ্চো হায়বা তাকপিখু। হায়রজে। মুনিনা নিংথৌবু আসির্ব্বাদ তৌরগা হায়বকই। হে দুষ্মন্ত নিংথৌ নংনা পৃথী শাসন তৌরি, অদুবু হৌজিক লাইনিংবা ব্রাহ্মণশিং অরাবা কয়া ওইরিবা কৈ' ওক; শওম, নোংশা, শামু, গণ্ডা, বগৌ হিংস্রক জন্তু কয়ানা আশ্রমদা লৈবা ওমনরকত্রে। মসিবু ফাদোকত্রবদী আশ্রম থুদিংদা লাইনিংহুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণ, ব্রাহ্মণীশিংদি মচা মসু কয়া মাংলে। মরম অসিনা নংনা মৃগয়া চংতুনা, হিংস্রক জন্তুশিংবু মাংহন্নুনা লাইনিংবশিংগী উপায় তৌ। অসি হায়খে লাকপনী অগস্ত মুনিগী ৱাহায় অসি তাবদা, দুষ্মন্তনা হায়রি মহামুনিগী ৱাখং মতুং ইন্না, ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী লাইনিংবা আশ্রমদা লৈবশিংগী উপায় ওইনবা হিংস্রক জন্তুশিংবু মাংহনগে। ৱাসি হায়জরগা মুনিবু লেংশিনখিহুনা ব্রহ্ম ভুজন কংখরে মুনি নিংথৌবু মঙ্গল পিরমলগা আশ্রমদা হনখী। দুষ্মন্ত নিংথৌ অহিং লেজে লোৎপালে; ভত্তা চাব থকপা লোইহুনা পাত্র মন্ত্রি প্রজা লাম্বী লোইনম্নুনা

শঁদোল শাযু রথ তোংহুনা খুরু খুলাই হাপলগা মৃগয়া চংলী। মুনিশিংগী আশ্রমগী নক্কা নংবী লৈবা শওম, কৈ, লোংশা, শাযু, যন্দো, গন্দা, কয়া কারে। অমুম্না বন খুদিংগী মখং মখং থাওহুনা লাকই। মসিবু মেনকানা সর্গদা উবে। শকুন্তলা মচাগা দুষ্মন্তগা উমহল্লগে নিংহুনা সখী অমগী মফমদা লৌশিং পুন্নমক তাক্কুনা থারকখি। সখী যৌরকহুনা শকুন্তলাগী মতা সখী অনিদা মেহুকানা হায়রকপা পাওতাকশিং অহু লোম্না হায়রমলগা। মেনকাগী মনাই সুপী সখিহু হংখী। অনসূয়ানা শকুন্তলাদা হায়থী, ইতা ইবেম্মা অবাগ্নদা শাতানবগী মখোল তারিবা অসি, পুরু শাগৈদা পোকপা দুষ্মন্ত কৌবা নিংথৌনি। পৃথীবীগী মপু ওইরিবা গুণ চেনবা নিংথৌ অসি, ইবেমনা সেবা তৌজবদা মতিক চারবা নায়কনি। নিংথৌ অসি ঐথোইগী আশ্রম অসিদা পুশিল্লকে, হায়রমলগা অনুসূয়া, চংখিহুনা ময়ানা শক্তি অমা ওল্লে। সনাগী মচুগুম্বা, যেংবদা পুক্নিং হুরবা মতৌ ওইহুনা। দুষ্মন্তগী মাংদা চঙভকহুনা তপনা তপনা চংলী। সনাগী শক্তি উবদা নিংথৌমা ফাগে নিংহুনা রথনা তারকই, মায় তৌরিবী শাজিহু নক্কা অমুক উহল্লি অমুক্না লাপনা চেনথী অমুম্না শোল তৌহুনা, মালিনী তীর্থগী মনাক য়ৌখ্রে। শক্তিনা মনিং তৌরিবহু খুংলাই থাহুনা ফারগে থন্দুনা, লিবিদা চেনগা খাংহুনা তাল্লরক্লে। মতম অদুদা মুনি অনিনা নিংথৌ উবদা হায়রকই, মহারাজ মফম অসিদগী শক্তি কাপকন্নু, গুরুদেব কর্ব মুনিগী আশ্রমনী গুরুদেবনা যোকপা শক্তি ওইবমগনি। আশ্রম অসিদী কর্ব মুনিগী গুণনা অমগা অমগা হিংসা লৈনদবা মফমনি। মহারাজনু রাররিগনি. আশ্রমদা লেংশিন্দুনা, ভগাকতং পোথাবিরু সেবীকা লৈবনি। নিংথৌ তপশি অনিবু খুকম্মী, মুনি অনিমা মহারাজ হন্দক বোন্দগী, য়েক্কবা শকৈ, ফাদোক্কুনা ব্রাহ্মণগী উপায় তৌবসি ঐথোই পেল্লে। গুণ লৈবা নচা ধার অমা পোকচৌ হায়না ব্রাহ্মণ অমনা বোর পিরে। ব্রাহ্মণ অমনা অমুক হায়রকই, নিংথৌ ব্রাহ্মণগী বোরদগী. হায়না ব্রাহ্মণ অমনা বোর পিরে। ব্রাহ্মণ অমনা অমুক হায়রকই, নিংথৌ ব্রাহ্মণগী বোরদগী. ফংবা নচা অহুনা পৃথীবীগা নিংথৌবেন ওইসনু। অমুম্না দুষ্মন্ত ব্রাহ্মণগী বোর ফজরে, ব্রাহ্মণ অনি লৈহোরে। দুষ্মন্ত মুনিগী আশ্রম য়োনা, রথ থোখরে। আশ্রম য়ৌরবদা রথ থনমলগা মুনি খুরুমজগে নিহুনা, আশ্রমদা চংশিনখি। আশ্রমদা অনুসূয়া য়ৌখিহুনা শকুন্তলাগী মফমদা হারখী ইবেম্মা দুষ্মন্ত শোয়দনা য়ৌরক্লগনি, থল্লি হৈ-লৈ-মখোং ঈশিং চাইরশি, হায়হুনা মবেম্মবু পুথোকখীহুনা, পাত্র অমমম পায়দুনা হৈ-থাং, লৈথোং ঈশিং চাইবা ওইনা দুষ্মন্তবু ভাইহুনা লৈখি। লৈগী লৈহিখিবা থোইমবু ভাইহুনা থম্বাল কৌবা লৈনা ফুগাইনা শাংহুনা ভাইবগুনা, অনসূয়া, প্রিয়ম্বদা, শকুন্তলা, লাংথাকপগুম্না লৈখি। "শাস্ত্রী প্রমান্দা মাকন্ন সাব কান্নে" হিরাংদা শাযু থুপদোরা অসোমদা দুষ্মন্ত নিংথৌ, খুংক খুংলাই য়াওদনা, ভক্তিগী মওং শেম শাহুনা তপনা তপনা, মাংতু যেং ওই য়েংহুনা চংলকই চলকইবা অহুনু শকুন্তলা হায়রকেং য়েংলখি। শখী অনিমা হায়রৈ। ঈবেম্মা মহুংদা লেংশিনবিথরে। নিংথৌনা ঈবেম্মা-য়ৌরদা খঙ্গৌর রাওনা কেংলক্লে উনাগী খাংপোকনুংদা লেম্না লৈবীক্ল। ঐথোইনা থাকচবা

লাংদা থুরবগী লাজি লাংজি শারহুনা চিংশিঞ্জরকে। অমেন ইতানা লাংকাইবিয়ু সখীগী রা তাবদা ইকাইজহুনা লাবণ্য কটাক্ষ কৌবা মিৎয়েংনা য়েংলমগা শকুন্তলা চংজখী। উনাগী খাংপোক মখুংদা হৈ-লৈ লেম শাজহুনা ভাইহখী দুষ্মন্ত নিংথৌবু। শকুন্তলাগী নিংথিজবী শককম অমুবু উরখা ইবেম্মগী লাবণ্য কটাক্ষ অমনা মহন, হরন, স্তম্ভ, উঘন, উমাদন কৌবা তেন ওইখিহনা। থমোইদা পানখিবনা শোখরবা নিংথৌনা, খোংথাংবা ভমদহুনা য়ুমীগুম লেপ্লগা; চিংনা য়েংহুনা লৈহোই। সখী অমিনা নিংথৌগী পুক্রিংদ। মবেম্মবু প্রেম লৈবা মতৌ উবদা। মখোয়না শিঞ্জবা থবক মহে য়াম্লনি নিংখ্রে। দুষ্মন্তনা সখী ২দু, ইবেম্মাদুগী চাম্লবী মতা ওইবরগনি থংলহুনা? সখীগী মনাক্তা চংলক্লগা, নিংথবা রাহায়না হংলকই, হে সখী উনাগী খাংপোক্তা চংখ্রিবী অসি কনানো। সখীনা থুম্মী, কর্ম মুনিগী মচা কন্যা ঐথোইগী ইবেম্মনী, লেংশনবীবা য়াগনী। দুষ্মন্ত চংথি শকুন্তলানা অতিথী, নিংথৌ অমগী ব্যবহারগা লোইননা, আসন থায় আসন্দা ফমলগা নিংথৌনা হাইরকই, ঐ পুরু বংশগী দুষ্মন্ত নিংথৌনি। মুনি থুরুমগে লাকপনি, নংবু কনাগী মচানো, নমিংনা করি কৌই। কন্যানা থুম্মী, মুনিগা মচানী, ইমিং শকুন্তলা কৌই। নিংথৌনা হায়রকই, মুনিদি ব্রহ্মচারিনি, কম'দৌনা মচা লৈরিবনো। চুম্মী মহারাজ মহুগী মরম লিজগে' গুরুদেবশু সোম তীর্থদা মুনিশিঙ্গি যজ্ঞ লেংখি। ডহাকং পোথাবিখো। নিংথৌনা হায়রকই, ইবেম্মা নহাক্কী নশক কতৌ অসি॥ লাই নিঙোমগুম্মী মুনিমক্কী মচা ওইরমগনি থাজদে পরিচয় শেংনা তাকউ। শকুন্তলানা হায়রজে, মনাংদা "বিশ্বামিত্র" কৌবা মুনিনা চাদ-থক্তহুনা মতম কুইনা অকনবা তপ তৌখী। মহাক্কী তপ্পা কনমনথিবনা, মাইকৈ ডাকপা লাইনচিংবা, অমদি শোরারেল্লা অকিবা পোকখ্রে, মরমদি মমৈথংদা তৌবা ওম্বা শক্তি অমা ওইরক্লনা? দেবরাজগী খুবম শিল্লগরা থরখী। ইন্দ্রদেবনা মেনকা কৌবী "অপসরী জগোই শাবী'দা নহাক চত্লুনা বিশ্বামিত্রগী তপ থুগাইক হায়খি। মেনকানা হায়গ্রখী হে: দেব রাজ ইবুঙো? বিশ্বামিত্র কৌবা মুনি অসিদি কিখ্রে, বশিষ্ঠগী মচা চাম্মস্থ অশাওবদগী মাংহনখ্রবা মহাক্কী য়াথংতনা কৌশিকী নদী ওইগ্রবা, অাংথু থুংলবা মতোমতনা ফহন্দুনা হাম্নগী ওইবা অমসুং মহাক্কী তৌবা ওম্ববু ক্ষেত্রি ওইরম্বদগী ব্রাহ্মণ ওইরকপা ওম্বা মুনিনি; দেবরাজমক্তু কিবিরিবা মুনিগী তপ থুগাইবদি অকিবগী মশক্কি।

অদুম ওইনমক মহারাজবু কিবদগী অমসুং মহারাজগী য়াথং ডাকপা ওইনা ননাই চৎচরুগে, তোই-ওম্মসুং দুংশিং তৌবা ওম্বা, কামদেব, অপাম দুংশিবা কৌবা লাই অনিগী শক্তি পিনবিয়ু। শোরা-রেম্না মহুমক পিবিরে। মেনকানা বিশ্বামিত্রগী মনাক্তা চৎল্লে। ইন্দ্রগী য়াথংদগী দুংশিং "এলয়া মখিরণ" কৌবা অনিনে, কামদেববে লোইনহুনা চৎখিরখী। কীজেৎ লৈতেংলচিংবা কম্বরবা শরুফমবা; মী পুরুষমক্কী থুক্লিং তঙ্কংনবগী মশক, ওইরবী মেনকানা? মায়া তৌদুনা মুনিগী মমাংদা লাকলে। অদুদা দুংশিং অকনবনা মেনকাগী ফিহ হুমদোকল্লে। অদু উবদা মুনিনা তপ কায়রুনা

মুনিনা মেনকাবু কাহনা আশ্রমদা পুশিনখী, অহদগী হৌদুনা বিশ্বামিত্র মুনিদো তপস্যা তৌজুনা মুখানবা মুপা অমগী মতৌগুম্না মেনকাগা মুমিং কয়ানিমুক লৈমিন্নখী। মেনকাগা শান্নবগুনা মহাক্কী থবক ওইখরে, সন্ধ্যা বন্দনানচিংবা ওন্থোক্লা কুইনা থাদোকখি। নোংমদি মুনিনা নিং-শিংলক্লুনা সন্ধ্যা থুরুমগে ঈশিং অশেংবা পুরকউ হায়না থৌদাখি, মেনকানা করিনো মুনিদেম অমুক কুইনা তোকখ্রবা সন্ধ্যা নিংশিংলকইরা? অহ্ তাবদা শাওরক্লুনা অকনবা মিৎয়েং য়েংলকপা অমসুং অয়াকপা রাহৈনা চৈরকপদা মেনকা কিরহনা চেনখ্রে। মতম অহমক্তি হে দুষ্মন্ত নিংথৌ" এহাক্তি চেল্লিবা মেনকাগী গর্ভদা লৈরবা মতম্নি। মখম মরাং ইথং থংদনা বন্দা এবু পেংল্লগা ছুন্দোকপীরম্মে। কৈ নোংশানচিংবনা এবু চাবিদে শকুন্ত কৌবা উচেকশিংনা কোইশিন্দুনা হিংলকপনি। থর লৈরগা কণ্ব মুনিনা বন্দা তপস্যা তৌগে লাকপদা থেংনহনা এবু লৌশিনবীহনা য়োকপিখা, শকুন্ত লংজা কৌবা উচেক্না কোইশিন্দুনা লৈরম্বদগী ঐগী ইমিং "শকুন্তলা", কৌখি; রাবা অসি মুনিগী মুখদগী তাজে, অহনা মহারাজদা ঐনা লীথোকপা ওম্বনি, মতৌ অসুম্না মুনিগী মচা ওইদুনা লৈখিবনী। শকুন্তলা পোকপগী মতাং অসিবু তারগা মী ওইবনা বিষয়গী পাপ কোক্লুনা অন্তগী কান্দা স্বর্গ শুখ ফংই। শ্রীব্যাস মুনিগী রাধনী। ইতি — হরি হরি হরি।

শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই তাবো মহারাজ জন্মেজয় মথা লিবগে। দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগী অবেপ্পা পরিচয় থংলবদা নিংথিবা রাগাযনা হায়রকই ইবেম্মা নহাক্কী নশক নতৌ অসিদি নিংথৌ অমগী মহারানী ওইবদা মতিক চাবিনী উকু শেংপা তোক্লুনা ফিংগ শেংলসি ঐগী রানী মশিং চল্লসী। রা অসী তাবদা ইকাইজহনা মরু লুক্লগা ইমুংদা চংখি। নিংথৌনা সখী ১গী মফমদা প্রেমগী রাহৈ কয়ানা উপাই তৌবিযু হায়জখী। সখী ২না হাধবকই মহাবাজ হৌজিক গুরুদেব কণ্বগু লৈতে তাকপিগনু। নিপাগী মপোক্লা অথোইবনি মুপগী মপোক্লি পাঙন শোনবীগী থোইমু ওইবনা মালিকাগী লৈনি চুপলম্বদবগী থম্বালগী মনম ফংলগা মালিকাবু ছুপ্পেরুমহনা লাইবক ফবী থম্বালগী বন্দা থোইমুনা পোথাফম ওইখী। লাইবক থিরবী মালিকানা লৈথোংদা কেন্দুনা মাংখিবগুম ঐথোইগী ইবেম্মা মাংজহৌবা করম্না য়েংহন লৈগনী। অনুসুয়া পৃয়ম্বদা সখী অনীগী হৈ-শিংবা রাগয় কয়ামুক তারগা শকুন্তলাগী প্রেম্না পুল্লবা নিংথৌনা, রা হায়বকই হে সখী নবেম্মগী প্রেম্না থাডমগ্রবা ঐনা প্রেমগী মথা পোন্দুনা চংজরবা নিংথৌনী শরনাগত ওইবা মীবু কনবীবা অসি অথোইবা ধর্ম্মনি। গুরুদেব লেঙওকপা ভাইরবদি লেপ্পা থরাই থায়রনী ঐগী থরাইদদি কনবিয়ু। গুরুদেব কণ্ব মুনি লে লক্লগা ঐনা গুরুদা হায়জগনি মুনিনসু পোইদম্না চানখিগনি নিংই। অসুম্না নিংথৌনা শকুন্তলাগী প্রেমদা।! ইরারুহনা লৈরিঙৈদা; বিরহক মত্রি, নিংথৌবু খিরকপনা; মখম অহদা থুংলরে। বিদূষকনা হায়রকই মহারাজ শক্তি ফারি তারুগা শক্তিদি কাবা ওমত্রহনা? মীগী লৈকোল্ল চংহনা, মনম মুংশিবা লৈ শাৎপা উরগা॥ চিঙ্গিংবদগী হেক্কে তৌরুহনা, মপুনা কারমাল্লেদো। লোম্না হেকপসু ওমদসু ওমহৌদনা, পাজল কাপ্লি হাররুহনা

নমহনা হেক্কলুরবম্ সুনিগী লৈকোয়ি; শাপ কঙনদো মহারাজ। মীগী মপোৎ, পামজবগী দবা ওন্থোকপদি? নোঙবা নত্তনা, উপাই লৈরোই। নিঙবা নত্তনা মীগী মরনবু পিরকপা হৌনদে' হায়জবা, শিঙবা, ইকাইবিরকু মহারাজ। মন্ত্রি, মৈনা চাক্লগা ঈশিংনা মুৎপা হৌনৈ? অচাকপা মৈদ' ঘী থাও হৈজিন্নগা, মৈবু মুৎপা ঙম্বা হৌনদে। চুম্মি মহারাজ মৈগী মথল য়াম্মী? ঙিংনা উনা চাকপা মৈবু।। মুখংপা উপায় লৈ। নায়ক নায়িকাদগী, হৌরকপা মৈবু? হুত্তাব কৌবা, মশক উদনা, হুয়ান্দুনা চাকপা মৈনী। মাহুদী মহারাজ মপু নাইবা মৈনী? মৈ মপুনা মুৎপা নত্তনা, অত্তোপ্পা উঙ্গা মী অমনা, মুৎপা য়ারোই। মৈনা চাক্লবদি মৈহু মুৎপীরে হিংলে!! মুথংপিত্রে শিরে, মশানা তারবনী। শিখবত্ত ঐখোযদি দোষ ফংলোইদবনিনা; রাদে, দোষ ফঙদবা অত্তনা, রাজবা ভাবনি মহাবাজা। হৈ শিংবগী মতৌ স্বপাত্তগী রাডাং, নিংথৌগস্থ য়াম্না, চান্নবগী মতৌ ওইবা, কোইনদবা বিত্তয়ুক্কী, রাসী তাবদা; সখী ১না, নিংথৌগী অচানবা মন্ত্রিনি থংনত্তুনা, শকুন্তলাদ হাযজবকই। ইবেন্ম গুরুদেবদি অতিথী সেবা পাম্বনি? লৈঙবা বস্তু খরদং অতিথীবু সেবা তৌবীয়ু; হংযজথী। শকুন্তলানা উইহ নিংখিবা খরদং, পুথোক্লুনা নিথৌ মন্ত্রিবু সেবা লাংজথী। দুষ্মন্তনা হাযখি, শকুন্তলনা তাপস্বী ওইহুনা উকুনা লৈতেংবগী মত্তত্ত; ৈলপাক্কী মবেম্মা ওইন্নগা, বাজ্যভুগ লৌবিধু? হাযবদা কব্রি চিংনবা লৈরিবগে হাযয়ু। শকুন্তলানা হায়ঙ্গরকই, মহাবাজ ঐগী ইবাইবক ফবান, অহুম ওইনমক ঐনা চিংনঙবদি, ঐগী গর্ভদগী পোকপা ইচানা, নিংথৌ খুবম কংবা য়ারোই, মরম অসমতং সনাবুদ্ধি তৌবিয়ু। দুষ্মন্তনা হায়রকই, ইবেম্মা অহুগী ওইরবদি! সত্যনা শাক্ষি ওইরসন্থ, নহাক্কী গর্ভদা পোকপা নচাদা নিংথৌ খুবম পিগনী? মত্থ হেক শোয়রবদা; যমগী যাতনা ফংখ্রগে। শকুন্তলানা হায়জৈ, অহু ওইরবদি মহারাজ, হপাগী য়াথং মজুংইন্না, বেদ বিধিস্থ, কাযদমা ননাই ফংজগে। রাসি তাবদা বিহুযুকনা, কে: কন্যা গুরুদেবগীদি ঐখোয় পুন্নমক্কা থুকমজরগা? সংপাত্রগী লক্ষণ য়েংবিহুন; দোষ লৌবিরোই মিংই। বেদ বিধিগীদি নিংথৌ মচাগী নিয়ম লৈ, মশা মশানা য়ানত্তুমা, লৈ পবেং অমমম!! হুরুহুমা হোংবা অসি? গন্ধর্ব্ব বিবাহ কৌই। বিবাহ মখল ৮দগী, গন্ধর্ব্ব বিবাহনা, মিংথৌ মচাগীদি, অথোইবনী হায়না, শাস্ত্রনা পিরি। মন্ত্রিগী রা তারগা, সখী ২না হায়রকই, ইত্তা ইবেন্মা মন্ত্রিনস্থ তাকপিরি; ওসি অসি মুমিং থাস্থ য়াম্না ফরে, ওসিমক পাংথোক্লসী? হায়-হুনা সখী ২ লৈ লেংজরহুনা, থোয়াং পুন্নমক লাংবা লোইজরে। দুশ্মন্ত শকুন্তলা গন্ধর্ব্ব বিবাহ তৌখরে॥ অহুগী তুংদা নিংথৌনা বিহুযুক মন্ত্রিনে ভদ্রাসন কৌবা সেনাপতিনে।। ২গী মফমদা হায়রকই। মুনি হল্লকত্রিফাওবা, ঐ লৈরকখিগে, তেঙ্গোন পুত্তমা হল্লো। নথোইনা বসুমতী মহারানীদা, নিংথৌদি ইচা থারা অমত্তং ফংনবা, বন্দা লাই মিংহৌরি হায়না তম্মু। অসি হায়দুনা বিদায় তৌখ্রে, মন্ত্রি সেনাপতি ২না তেঙ্গোন পুদুনা হনখী। দুষ্মন্তনা শকুন্তলাগা লৈবসি॥ থা ৬ শুরক্কে। মত্তম অদুদা রাজমাতা অনাবা অকনবগী পাও, কয়তক পাত্রনা নিংথৌগী রথ সারথী লোইমিনা; পুদুনা আশ্রমদা থুংলরে।

দুষ্মন্তনা শকুন্তলা য়েংহুনা হায়বকই, পূর্বে ঐদ হোজিকমক চৎওবা য়াদ্রে ঈমাগী অকনবা পাও থুংলরে, গুরু লেংলকত্রিবনিমা, মংদি নৈহোংখ্রা। মবুড়োগী য়া তারগা, শকুন্তলা কপ্তুনা হায়রকই, ঐবু হুক্লেকপিরমলগা লেংখ্রবদী। হোজিক্কি গভ লেখোনস্লু ওইজরে, ননাইবু অরাবগী ঈপাক সমক্রুদা লংখহুনা থম্বীরমগে হায়বসি ঐবু কম দানা হিহুনা নৈগনি। অমসুং কোন্নুং য়োখরগা, রাজ্য ভুগনা কাউবিখরবদি, মতম অহুদা ঐনা ওইগদৌবিবা দষা, অমুক্তা সনা বুদ্ধি তৌবীয়। দুষ্মন্তনা মথুত্তা শিরিবা খুদোপ অনি অহ লৌংথাক্লে। শকুন্তলা য়েংহুনা হায় ঐগী খুদোপ অনি অসি। চপ মান্নবা মমাইদা ইমিং থাবিবনি, অসি লৌহৌরো, নহাকপু পাত্র মন্ত্রি, প্রজা মীয়াম থারক্কুনা লেম্না লৌখৎলগনী। লাইগী নোংদমদগী কাউথরবস্লু, খুদোপ অসিনা শাক্তি ওইনসী, হায়হুনা খুদোপ অমা শকুন্তলাদা পিরে, অমমা নিংথৌনা শিজিনখংব। অনসূয়া, প্রিয়ম্বদা অনিদা, শিন্নরম্মী; শকুন্তলা সভা মবুড়োগী থোং কোন্দুন, কপ্লগা ধূলি লৌক্লে, নৈজাহৌবে। দুষ্মন্ত পাত্রগা লোয়ননা, বথ তো নং কোন্নং য়োথা। শকুন্তলা মবুড়োগী খাইনা মৈচাক্লা থাংপোকমংদা কপ্তুনা নৈখরে, সখী অনিনা এবেম্মগী মজোল ওইননবা ঈশ্বরবু পুজা তৌসি হায়হুনা, মপান্দা নৈল হেক্লি। মতম অহুমক্তদা দুব্বাসা মুনি লাকতুনা আশ্রমগী থোঙ্গাংদা লেপলগা হো মিত্র কর্ণ্ব কর্ণ্ব কৌই, মুনিনা অমুক হা শকুন্তলা' মপাবু' নৈত্রা তংলকই দুব্বাসা মুনিনা কৌখিবসী, শকুন্তলানা মিংথোগী প্রেমনা ডাওখিহুনা, অহুতা থন্দুনা নৈথিবনা, মুনিনা কৌখিবা অসি তাখিদ্রে। দুর্ব্বাসা শাওরক্কুনা শাপ চৈবক্লে, মাতবু নিংহুনা অতিথীবু থৌওইদবা নংদী, নংনা নিংজরীবা মবুংডাইনা কাওবা ওইথরসনু, অনুমনা চৈয়নগা চংথংব। মাতবু নৈংহক্লিবী সখী অনিনা তাবদা। পাদ্য অর্ঘ পুংনা চেল্লকলগা মুনিগী মাংদা পুপা কচ্চরগ হায়জৈ। মুনিদেব নায়ককি প্রেম্না ডাওরবী মুপীমচা ওইবনি; অতিথী লাকই হায়বা খংজরবীনী, মবান অমুক্তা ডাকপীয়ু। দুর্ব্বাসানা হায়রকই, ঐনা হায়খরবা বাদি, লেম্না মা বদি য়ায়রোই। অহুবু মশাগী মশক নাইবা পোং অমা উহল্লবদী? নিংশিংবা ওইসন্থ, হায়রমলগা মুনি চংখবে। অনুসূয়া প্রিয়ম্বদা; খুদোপ অহু নৈবনা নিংশিংবিরক্লগনী, থম্মুনা য়াকম অসী কনাদস্থু তমথোকখিদ্রে। অসোয়বদি দুর্ব্বাসাগী সাপ্না, দুস্মন্ত, শাকুন্তলাবু লিংশিংখিদ্রে। শোমদনা কর্ণ্ব মুনি, সোম তীর্থ থোংবান্দা, মুনি ময়াম যজ্ঞ তৌবা লোয়রহনা আশ্রমদা হল্লকলে। মুনি হল্লকপা মতম অসি গর্ভগী লক্ষণ থা ৫ রোম ওয়ে, মুনিনা শকুন্তলা ইপা লাকলে, থোকলকউ হায়রকই। শকুন্তলা ইকাইজবগা, কিজবগা, থোক কপা ওমদ্রে, মুনিন ধ্যান য়েংবদা লোইনা উখী। মুনিনা হায় শকুন্তলা ইপাবু থওইদবগী হায়রবদী? শাওগদবনি অহুবু সংপাত্র য়েংদুনা ইচানা ধর্ম্মা কাইদনা চংলম্বনিনা ইপা শাওদ্রে থোকলকউ। বাসি তাবদা, শকুন্তলা কর্ণ্ব মুনিগী চয়দা থুরুমদুনা হায়জখী, মচাগী ইয়ান কনবীযু, নি থৌগী দোষযুস্থ ডাকপীয়। কর্ণ্ব মুনিনা হুংশিবীদুনা হায়খী, ইচাগী গর্ভদা নৈরিবা নি থৌগী থায় অদুনা, পোক্লগা পৃথীগী নিংথৌরেনস্থ ওইদস্থ হায়না

বর পিরক্লে। হৌখিং থরগী মতুংদা মচনহুপী গৌতমীবু কৌরে, গৌতমী অসি শকুন্তলাবু কোন্দুনা চাওনবা য়োকলকপী ধাত্রিমাতানী। শকুন্তলা য়োকচবী মমাবু খুরুমজহনা, মরম পুন্নমক চিথদনা তম্বৈ, গৌতমী শকুন্তলাবু কোনবাহনা ইচাদি রাজা মাতা ওইবা ফংজো হায়না বর পিখী। শকুন্তলা য়োকচবী মমাগী বর ফঙজবদা মুঙঙাইজবগা লোয়মনা সেখা তৌজে। কর্ব মুনিনা হায়রকই, ইচাগী ইস্নুদী অচৌবা নিংথৌগী থারানী। উনাগী থাংপোক্কা পোকহনবা মতিক চাদে। মন্তগী মেখাচ্ছন্নকৌবা কোনুংদা, পুখৎহনা হুম্মন্ত নিংথৌগী মথুত্তা শিন্নরক্লো। কর্ব মুনিনা রাকম অসি গৌতমী, মচন মুপীদা হায়রগা, শিষ্যশিংবু কৌশিল্লি, শারঙ্গব, শারদ্বত, শিষ্য, অনি চঙকহনা গুরুবু খুরুমখী। মুনিনা হায়রকই, ননে গৌতমীগা নখোয় অহন্না, শকুন্তলা ইচাবু মেঘাচ্ছন্ন কোনুংদা পুখৎহনা, হুম্মন্ত নিংথৌদা শিন্নরু। শকুন্তলা থোরা লোইজখ্রে, পিতা কর্ববু খুরুমজে, মুনিনা নানবাহনা হায়রকই। যযাতি নিংথৌনা বগা থম্বী শর্মিষ্ঠাবু ঙমা তৌবগুম্ন? ইচাবুসু লুনা তৌবা ওইসনু, অম্নুম্না বর পিহনা বিদায় পিরক্লে। কর্ব মুন মপাগী বর ফংলবা শকুন্তলানা গুরুগী পদধুলি লোজব, মতা সখী ২মু চেৎনা কোন্দুনা, মু শিনবগী প্রেমনা কপমিন্নরগা বিদায় তোমরে। অনুসূয়া, প্রিয়ম্বদা অনি সর্গ য়োথরে। শকুন্তলা গৌতমী শারঙ্গব শারদ্বত মরিমক যাত্রা চৌখিহনা চৎখিবনা, বিজয়া নগর য়োরক্লে। শক্রাবতার কৌবা খুঙংগী, শচী তীর্থ কৌবা কুণ্ডদা, পোথানহনা স্নান তৌবৈ, লোইবগা অমুক লাক্লবনা, মেঘাচ্ছন্ন কোনুংগী মখোং যৌবক্লে। দ্বারীশিংনা নিংথৌদা তপস্বিশিং, খোংদা থুঙওরে হঙংলি, হুম্মন্তনা যজ্ঞ শালাদা পুশিল্লকউ য়াথং পিরকই, দ্বারীশিংনা যজ্ঞশালা সভাদা পুশিল্লি। হুম্মন্তন কোনুং মঙংদা পোথাহনা লৈ মাধব্য কৌবা পুজারি ব্রাহ্মণ থাদোবহনা, তপস্বীশিংগী মতিক চাবা পুজা তৌহনখি অসিগুম্বা হুম্মন্ত শকুন্তলাগী রাবী অসি পুনাগী মশক্রি মীওইবনা তাজবা বমগী যাত্রা কোহন সর্গ সুখ ফংই মসিবু ব্যাসগী য়াথংনি। ইতি॥

---

## অধ্যায়

## হুম্মন্তনা শকুন্তলাবু ইকাইবা পিহনা থাদোকখিবা, অমুক ফংখিবা

### রারী মতাং

রারী তাক্লবা শৌনকনচিংবা মুনি ময়াম্না হংলকই, শাস্ত্রগা ওইবব সৌতি, হুম্মন্তনা সতী ধর্ম্ম চারুবী শকুন্তলাবু, ইথোকখীবা, করম্না অমুক ফংনখীবা লিয়ু। সৌতিনা হায়জে, তাবীবু মুনি সভা, বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়, তাও জন্মেজয় নিংথৌ কঞ্চুক ব্রাহ্মণ কুল পুরোহিতনা, কোনুংদগী হুম্মন্তবু কর্ব মুনিগী পাও পুহনা, তপস্বীশিং লাকই হায়না কৌথোকখী। হুম্মন্ত থোরকুনা সভাদা রাজা আসন্দা ফমখি, নিংথৌগী সভাদা শকুন্তলা, গৌতমী, শারঙ্গব; শারদ্বত, চংলকহুতা

সভাদা বেব্যহার তৌনা লেপ্লগা ? শারদ্বত, ব্রাহ্মণা হায়রকই। মহারাজ কর্ব মুনি গুরুদেবগী, য়াথং মতুং ইন্না, নিংথৌগী থৌজাল্লগী গর্ভগী লক ওইরবী; শকুন্তলাবু মপুরোইবগী মকমদা থিল্লুরো হায়রুবা পুজরকপনি; অহুম্না নিংথৌদা হঙ্গংলী। দুষ্মন্তদা, শারদ্বতনা, হঙ্গংলিবা অহুগী তুংদা য়াকম অহুবু গৌতমীনসু, শারঙ্গবনসু হংগংথী। নিংথৌদি দুর্ব্বাশাগী শাপা, কাওথিহনা নিংশিংথিজে। দুষ্মন্তনা হায়রকই, হেঃ তাপস্বীশিং; ঐদী বন্দা, মুপী অমত্তা লৌথিবা মিংয়েং তাথিবসু লৈতে; হায়রিবা য়াহু ঐনা ওক্না থোকই। শরদ্বতনা হায়, মহারাজ, হায়বিরিবা য়াকমহু কর্ব মুনিবু ইকাইবা পীবনী? শকুন্তলা অসি ধর্ম্ম কায়দবিনী, লৌশিনবীযু হায়থী। নিংথৌনা হায়রকই, মকম খংদনা গর্ভ পুরবী নুপীবু লৌশিনবা। পুরু শাগৈগী মিংচৎ থিবনী, মাহু ঐনা ভমলোই। নিংথৌগী য়াসি তাবদা, শকুন্তলা থক থক নিকুনা, অশাওবগা লোইননা হায়জরকই। করিয়ানো মহারাজা, বন্দা মৃগয়া লাকপদা, ইপাগী তুংদা য়াশকপীরগা, ঐবু ননাই ওইহনবিগ্রবান। হৌজিক সভা মরাইদা য়াশক ভাকুবা; ধর্ম্মবু কিদবা অতোনবা মীগা মতৌগুম্না; তাকশিরবা অহু মতিক চাদে, অমুক্তা নিংশিংবিয়ু মহারাজ। দুষ্মন্তনা হাইরকই হে তাপস্বী; অহু ওইরবদি খাজবা য়াবা শাক্ষী পোৎশক অমা পিয়ু। অসি তাবদা খুদোপ উৎকে হায়না নিংহুনা য়েংঙ্বদা, খুৎনিংথৌদা শিবা খুদোপ য়াওরমজ্রে। তকিং তকিং ইমা খুদোপ তাহোরে হায়রকই, গৌতমীনা ইহেঃ শচী তীর্থদা, স্নান তৌরুবদা তাহোবয়গনি হায়রকই। নিংথৌনা হায় মহু তোবা ওবীগী মিনম্বা য়ানী; তানিংদে হনথ্রো হায়রকই। দুষ্মন্তগী থৌজাল্লেলবগী মতৌ ওইবা য়া অসী তাবদা, গৌতমী, শারঙ্গব, শারদ্বত, মন্ত্রিপা থম্লৈ হায়জখী, ঐখোইদি কর্ব মুনিগী য়াথংবা মপুরোইবগী মকমদা শকুন্তলা শিন্নরু, হায়বা য়াথং মতুং ইন্না শিন্নববনী? ঐখোই চচ্চরগে হায়রুনা, শকুন্তলাবু বিদায় তৌরম্লগা, অহুম্নক অহুম চৎখরে। শকুন্তলানা হিক হিক লাওবা য়াহায়না হায়জে, মহারাজ ঐসী অচম্বা মুপী নত্তে, ঐবু পোকপনা বিশ্বামিত্রনী, ইমানা ইন্দ্রগী জগোইশাবী মেনকানি, ধর্ম্ম ভাকচবীনী, লৎন থোং থিংবীগনু। ঐগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাংসী অচম্বা ওইরোই মুনিশিঙ্গি বরনা, পৃথীগী নিংথৌরেন ওইগদব নগানী; ধর্ম্ম য়েংবিয়ু হে পৌরব। শকুন্তলাগী য়া তাবদা, দুষ্মন্ত শাওনা হায়, হে তপস্বী বিশ্বামিত্রত্ত লোভিদগী ব্রাহ্মণ ওইথিবনী, নমাসু অপসরীনী, অহুননি। মপা খংদনা গর্ভ ওইরুরগা, তৌবওম্বী ওইহুনা ঐভোন্দা হায়রবিবা; নওক লাকুনা ইন্দ্রিভৈদা চৎহোরো, নত্রবদী খুদোং চারকলোয়। শকুন্তলানা হায়জরকই, মহারাজ ননাইবু ওকবীনী চৈবীব', অমসুং লৎনবিবা মতিক চায়। ঐনা নিংথৌগী য়াশকপু থাজহুনা, আত্মা কৎথ্রবনা পতিব্রত ধর্ম্মবু ঐ ভাকচরী। মরম অসিনা মহারাজদা দোষ হাপচরোই, অহুগা ইমাবু মিন্দা বাক্যমা তাকপীবা চুম্বী নটিনিনী। অহুম ওইনমক ইমানা সর্ব্বদা লৈবীনী, অসিগী খেন্নবা লৈ হারবসি, সনাবুদ্ধি থম তৌবিবা কৈ। ঐগী, নিংথৌগী অচুম-অরান্বী চন্দ্র, সূর্য্য, পৃথী, আকাশ অমসুং ঈশ্বরনা উথিসনু। পুরু শাগৈগী মিংচৎ থিগদবা লৈরবদি,

ঐ অমা মাংজখিবনা কৈ, চংচরগে হায়দুনা নিংথৌগী চরন্দা কুক্রমজরগ; কপ্পুনা মায় ওনখী। সভা ওইবী মুপীগী পুকচেল অঙকপনি, অদু য়েনা শিবদগী হেন্না তোল্লবা ইকাইবা পীবদা। ইপুরোই বনা মুপী ঐথোয়গী ঈচনি, ঐগী ধর্ম্মনা কাইত্রবদী ইপুরোইবগী মঙনওইবিসনু, হায়রমলগা দোব থক্তিকুকাও তৌবমদনা', সভা মগাইদগী কপ্পুনা থোকখরে। মতম অদুদা কঞ্চুকমিশ্র কুলাচার্য্যনা দুষ্মন্ত নিংথৌ য়েংদুনা হায়রকই মহারাজ, মুপী মচা অশী, মপা কর্ম্বমুনিনু ঐগা মরূপ অমনি, য়েংবদা খুংডাইতে কমদোনা বন্দা থাখিগদগে? ঐগীদা থমনগে অঙাং অসী পাকলগা, য়েংবদা নিংথৌগী চিনহং, নৈ নৈতে উরগা অচুম অরান থংনশা। রাবম অসি হায়দুনা, কঞ্চুকমিশ্র কুল চাথানা, শকুন্তলাব তাগ্নরক্কুনা শকুন্তলাদা হায়রকই, নংগী পিতা কর্ম্ব মুনি ঐগী মরূপনি, ইচাদি ঐগাদা নৈরসু সা। নিংথৌমা ইচাগী পৌশিন্নবা তোংনগনী, অসি হায়দুনা পুথরে। শকুন্তলা মনাবু কোবা তেংগাদুন হু ঈমা নচানা ফংনিবা দথং অসিবু য়েংবা ঙংডাইবিবদ? হায়দুনা থোঙ্গেন রাংনা কপলকই মতম অদুদা সর্গদগী মেনকা মচাগী মতৌ উবদ॥ থুনক অদুদা লাক্কুনা মচাবু সর্গদা পুখংখবে। সর্গ য়ে থদুনা শকুন্তলা অনুসূয়া, 'প্রিয়ম্বদা', মতাশখা ২শু উরবে। সে মদনা কুলাচার্য্যনা নিংথৌদা পাও পথী মহারাজ শকুন্তলাবু মথুন অম পাইবদুনা, থচহৌদনা অভিমারোমদা পুশংখরে। পাও অসি তাবদ মিন্না পুন্নমক, দুষ্মন্ত নিংথৌবু তুংদ কমদোরকবা হাইনা থমদুনা নৈনখী। সর্গয়োমদন মেনকা শকুন্তলাগী মরুমদা, অনুসূয়া, প্রিয়ম্বদনা, মমাংগী দুর্বাস মনিগী, শাপকী মারা পুন্নমক তমথী। পাওদু তাবদা মেনকানা মচাগী লবা শেমলগে হন্নুনা? মিশ্রকেশী জগাইশাবাদা হায়রকই, মিশ্রকেশী নন অমুকত ঈচাগা উপায় তৌবিয়ু। মিশ্রকেশীনা হায়রকই, ঐবু কনি উপায় তৌগে হায়বদো মেনকানা হায় ইবেম্মা নন, মেঘাচ্ছন্ন কোনা কোম্মুদা চংলগা, দুষ্মন্ত নিংথৌগী সভাদা অগাই ঈশৈ থোগল্লু। নিংথৌনা পেন্দুন সমারূপা পিবা লৌরগনু, নিংথৌগী থুনিঙথৌদ 'শবাব থুবোপ্পু, মমায়দা মমিং থাবনা মদু নিদুনা লৌবকউ। অদ মতম চানা অমুক হাঞ্জহুনা, নিংথৌদা অমুক হায়যু। শচী তীর্থদা স্নান তৌকবদা খুদোপ তাখরে, ফংনবা অমুক্তা থীনিয়ু হায়জৌ। নিংথৌনা থিবদুনা ফংলগা নঙোন্দা পিরবদী, খুদোপ অদু নিংথৌদা পুন্না কচ্ছিল্লগা, শকুন্তলাগী রাকম হন্দংলু। অদুদগী নিংথৌগী মরুকনিং কমদৌবগে, মোংমনিনি নিংথৌগীদা পুকচেল য়েংলগা হঞ্জকউ। রাকন অসি শিন্নদুনা মিশ্রকেশী থারক্লে, জগোই শাবীদু বাজয়ানগর মেঘাচ্ছন্ন পুব য়োরক্লগা; রাজ দ্বার মনাক্তা জগোর ঈশৈ শক শক্কুনা চংলি, মাসিব দ্বারিনা নিংথৌদা পুন্নংখী।

দুষ্মন্তনা পাত্র থাদোক্কুনা, মিশ্রকেশীব সভাদা পুশিনখী। মিশ্রকেশী নিংথৌবু খুরুমজরগা, হায়রজে মহারাজনা ঐবু কৌশিনবিবা করম্বা য়াথং তাকপগদোরিবনো? দুষ্মন্তনা হায় ইবেম্মা জগোর শাবা ঐগী সভাদা জগোই ঈশৈ সভাগী থৌগল তৌরম্মু। ঐনা মতিক চানা দক্ষিনা পিগনী; মিশ্রাকেশীমা কমি থৌগজরগে হায়রহনা,'জগোই ঈশৈ হৌখরে। ঙংশিন্নবা থোঙ্গেলমা, শব্লকপা ঈশৈ কজরবা শক-

কম, অদুনা শারকপা জগোই, সভাগী পুক্লিং হুধবে জগোই লোইরকপদা, দুষ্মন্তনা পেল্লদুনা হায়রকই; হে: জগোই শাবী নঙ্গ জগোই য়েংবদা, ঈশৈ শক্লকপা তাবদা ঐগী পুক্লিং পেল্লে মংনা পাংবা হায়রু, ঐনা শোয়দনা পীগনী। দুষ্মন্তগী রাহায় অসী তাবদা জগোই শাবীদু, মেনকামা তাক্লকপা অহু পাং-পোংরবগীদমক। অহিং অদুমা চুপ্পা জগোই শাবিবী মিশ্রকেশীনা হায়জে। মহারাজগী খুনিত্ত পৌদা শিরিবা খুদোপ অদুতা, নিজরগে চানবিদুনা, ননাই ঐডোন্দ পিনবিয়ু, পায়বা নিখি। নিংথৌনা পৌম্নবা, খুদোপ লৌথোক্লগা মিশ্রকেশীদা পিবিবে খুদোপ ফংলবদা নিংথৌবু খুকমজ, য়াবং লৌজবগা জগোই শাবী চংথরে। মিশ্রাকেশী পুং ৮ লোম লৈবনা তুংদা। অদুক সভাদা হংজলথিং মা দুষ্মন্ত রাজবু খুকম্মবে। নিংথৌনা হংথী হে: জগোই শাবী, অমুক হল্লকপদী করিহায়নিংবা রাংহৌ-রবগে হায়রু; অদুম তাকপিনকই। মিশ্রাকেশীনা, হিক হিক লাওবা রাহায়না হায়জনকই। মহারাজদগী ফংজবা খুদোপ অদু, শক্রবতার কোরবা খুনগঙ্গি শচী তীর্থ কোব পুংখ্রদা॥ স্নান তৌরুই খুদোপ্পু, ঈশিংদা নাম্থোকতুনা তাখ্রে। ঈশিংনগা লেপ ফংদবগা খিজবদা ফংদরে, মহারাজনা থৌজানবীদুনা অমুক্তা ফংহনবীদু। মিশ্রকেশীগী রা তাবদা দুষ্মন্তনা হায়, এনা ফংনবা থিহনগনি, লৈখো হায়না থাবগগা, পাত্রশিংদা ডুম কোয়গা জাল খোম্মুনা, খুদোপ ফনবা থিয়ু হায়দুনা থাখ্রে। নিংথৌগী মনাইশিংনা ডুমশিং পুদুনা ঈন্ খোম্মুনা থিহনবদা, ঈন্দা রোহিত কোবা ঙা অমা লকই। ঙা অদুনা শকুন্তলাগি তাথিবা, খুদোপ অদুনা ঈয়ং লজনা তাথিবদু, য়োংথিবা ঙাদু ওইরমলে; ঙা অহু মাগী গর্ভদু লোইনা উই, ঙা অদু লেনখাইদুনা য়েংবদা খুদোপ অদু রাওরমলে। খুদোপ পুদুনা ডুমগা পাত্রশিংগা, নিংথৌগী সভাদা থুত্তদুনা, খুদোপ অদু নিংথৌদা কৎথরে। নিংথৌনা পেন্দুনা সনাগী খুজি অমা, ডুমদা পিথিরে খিবম, নিংথৌব খুকমনগা খুজি পুনো মহুমদা হন্নথী। দুষ্মন্তনা খুদোপ অহু জগোইশাবীদা পিরে, মতমদুদা মিশ্রকেশীনা, খুদোপ অনিহু পুন্না পুথোক্লকদুনা, সনা মাংদা ফংলগা মোংরকপা রাইহেনা হায়জরকই। মহারাজ খুদোপ অনিসি ঐনা কচ্চরি, লৌশিনবীরগা সনা বুদ্ধী অমুক্তা তৌবীয়ু, খুদোপ অসি পৃথিদা তাংহৌবদগী, মহারাজদা শাক্কিগী পোংশক উৎপা ওমথিদবনা শকুন্তলা সত ওইবাবু সত্তা মমাংদা শিবগা মাররবা, ইকাই-ববু পীথিবা অতগী লাজদবী সতীগী মগুণ মাংহনবিত্তদবনা ঐনা খুদোপ ফংনবা হায়দুনা হোৎনজবা মহৈ য়াজরে। মহারাজগী খুদোপ তাক্কম লৌশিনবীয়ু; হায়রমলগা কুরক্কিনী বিদ্যাগী গুণা জগোই-শাবী অদুম মাংহোকখরে। খুদোপ ফংবদা দুর্ব্বাসা মুনিগী শাপকি মতম লোইখরে? অদুনা শকুন্তলাগী থোমোক পুমমক নিংশিংলকপদা, দুষ্মন্তা নিংথৌ জগোইশাবীদা, শকুন্তলাগী লৈকম হংহৌবদু মংশৌবে। থমোই অদ, শকুন্তলাগী বাখলদা তাশোম্না লেংবগা মায়থরদুনা শকুন্তলা ঐ কদি ওইরলিগে হায়রমলগা দুষ্মন্তদু হা শকুন্তলা কৌরমলগা পৃথীদা হায়রখরে।

নিংথৌনা জাল লৈজনা তাকবদা। বিদুষক মন্ত্রিমা থৌমদুনা কোনথংথি। দুষ্মন্ত জাল জারক্রবা মন্ত্রিমা লৈপাকি সাসনগী থবক পুমমক শিন্নরমলগা কোমু মহাংদা লেংশিন্দুনা শকুন্তলাগী

রাথন্দা রাখিবদা, মপাল থোক্তনা চিন্তা তৌহনা লৈখি। মিশ্রকেশীনা মশক উহন্দনা কোন্নুং মন্নুংদা চংহনা নিংথৌগী পুক্নিং য়েংবদা। শকুন্তলাত্তবু শোন্দুনা মাগী শ্রেম্না মৈচাক ওইহনা মপাল থোক্তনা লৈবিবা অসি খঙহনা চংখ্রে। মিশ্রকেশী সর্গ য়ৌখিহনা, "মেনাকাগী মচানুপী শকুন্তলাদা" দুস্মন্তনা ওইরিবা অবস্থা পাও পুমনমক তমখী। শকুন্তলা অদিতী-কাশ্যপ মুনিগী আশ্রমদা লৈজখী; গর্ভ্ত থা তবা শুহনা গুণ চেন্নবা মচানিপা অমা পোক্লে মচানু লুনা য়োকহনা শকুন্তলা, মপুবোইবগী রাথশত্তা খঙবনা মতম লেন্দুনা লৈজখী। মতাং অসী য়ৌরকপদা রারী ভাবিবা শৌনকনা চিংবা ব্রাহ্মণ মখাগ্না হংলকই, হে-উগ্রশ্রব, শকুন্তলা দুস্মন্তগী মখা লিয়ু সৌতিনা হায়ই, অদুনা কাইনবগী মৈচাক্না দুষ্মন্ত শকুন্তলা আনিনা মতম লেন্দুনা লৈনখিবা অসি চহি ৮ শুখরে। মতম অদুদা ইন্দ্রলোক্তা কালনেমি হিংচাবগী কাংবুনা! ইন্দ্রগী খুবম চমগদবগী লাম লৌরক্লবদা লাইরৈপাক থাংবা ঙমলকপ্রহনা, দুস্মন্তবু লান পাংবিনু হায়বগী বার্ত্তা গা লোইননা, ইন্দ্রনা মাতুলি থারকনা দুষ্মন্তগী সভাদা থুংলরে। মাতুলিগী পাও অসি নিংথৌ কৌংথক্তনংগী খঙবদা। কুলাচার্য্য নত্তনা য়াংরোই হায়তুনা, কঞ্চুকিমিশ্র ব্রাহ্মণ থাজিনখ্রে। ব্রাহ্মণনা কোম্নুংগী শগাই শুমাংদা লেপ্লগা পাওনা হায়রকই। মহারাজ ইরাম লৈমদনা ঐবু হাংপিগদৌরে। ব্রাহ্মণগী থোল্লাও তাবদা, মপাল থোকখিদ্রবা মিংথৌহ লিকংতেম পাইহনা মপান্দা চেংথোক্লকহনা। কুলাচার্য্যবু খুমদনে মরম হংখী। নিংথৌনা মথম হঙঙবদা, কঞ্চুকিমিশ্র ব্রাহ্মণনা হায়খি, মহারাজ হৌজিক ইন্দ্রগী মাতুলি থুংলরে, অথুবা পাউ ওইবনা মহারাজ লেংথোক্লকপা হায়বনী। দরবারদা লেংথাকলসি হায়তুনা, দুষ্মন্তবু সভাদা পুশোকখ্রে। রাজ্যা আসন্দা কমালে মাতুলিনা ইন্দ্রগী পত্র পিবে, দুষ্মন্ত পত্র ফংবগা থিন্দনা রন বেশ লৈত্তোংলগা, খুলাই পুরমক হাপচিন্দুনা ইন্দ্রগী রথ তোংহনা মাতুলিগা অতিয়াগী লম্বীদা মুংশিংকী মাং থানা, রথ পাইরকপনা ইন্দ্রলোক য়ৌরকলে। ইন্দ্রগী সভাদা মাতুলিনা দুষ্মন্ত পুশিনখিহনা ইন্দ্রবু মিংথৌনা খুরুম্মী, ইন্দ্রনা দুষ্মন্তবু কোন্দুনা আসন্দা পুথংহনা পুন্নপ ফম্মিন্নখী। ছন্দেছ কয়া পুশিল্লহনা মিংথৌবু পেলহনখী, দুষ্মন্তগী মফমদা ইন্দ্রনা হায়খি; হৌজিক লানকম অকনবা অমা থুংঙরগনি। কালনেমী হিংচাবগী লালহৌ তোইনা লাকপনা, লাইরৈপাক লৈবা ঙমনরকত্রে। মহারাজনা উপায় অমুক্তা তৌবিয়ু? হায়নরিবৈদা হিংচাবশিংগী লানহৌরকপনা ইন্দ্রলোক্তা থুংঙরে। দুস্মন্তনা রাবীরূপগনু ইন্দ্রদেবগী য়েক্লবা হাংকে হায়তুনা, ইন্দ্রগী রথ তোংহনা মাতুলিনা রথ থোরগা লাম্থে নবদা প্রতাপ চাওরবা নিংথৌনা কালনেমী হিংচাববু লানফমদা মতক কক্লনা থাদখরে। জয় সি হমাদ লাওনুমা লমংশল্লবা হিংচাবা মশিং নারদনা হাংখী, হিংচাবশিং কায়না কায়নদুনা পাতাল য়োনা চেন্খী। দুস্মন্তনা লাল জয় তৌরে ইন্দ্রবু থুরুম্মী, ইন্দ্রনা পেন্দুনা বর পীরে। মহারাজনা মতম থৈথিত্তা লৈরিবা অরাবা মৈচাক অদু লেপনা কোকতুনা, গুণ চেন্নবা মচানু কংজবা ওইয়ু অমুক্তা হায়খি। অহিংদু জগোইশাবীশিংনা থৌগন্দুনা মুঙঙাইনা পোংথাহনখী। নোংঙাল্লক্লবদা চাব থকপা লোইরগা

ইরানা মাতুলিদা মপা মচা উনহন্নু হায়ন তাকই। মাতুলিনা রথ পুন্নুনা, দুষ্মন্তবু সর্গগী ফজবা বন য়েচংসি হায়দুনা।। রথ তোংমিন্নরগা; সর্গগী ফজবা নন্দ বমনচিংবা য়েংহল্লী। মথং মথং য়েংদুনা লাকপনা কাশ্যপ মুনিগী আশ্রম বন য়ৌরকই, দুষ্মন্তবু * অশক বৃক্ষ মখোংদা, শিদা ফমদুনা ওহোক্লা ভাইবীরম্মু; এ মুনি অমুক্কা উনজরগে হায়দুনা, মাতুলি চংখ্রে। অশক বৃক্ষ মখোংদা ফম্নগ। পোংথাদুনা লৈবিবৈ মতমদা, চঙথাব্রবা অঙাং নিপামচা অমনা, নোংশা মচা অমা ফাদুনা উরিনা পুন্নগা চিংদুনা লাকই। অঙাং অদু উবদা, বাৎসল্য প্রেম (মচা মুংশিবা) গী বাখল অমা পোকখী। মতম অমদা লাহনিংবী মুপী অনি, চেপ্পোক্লকুনা অঙাং অদুদা হায়রকই; নং অসি লমহেল্লি হায়দুনা মুনিনা সরু দমন কৌবসি মতিক চায; নোংশা মচাদু থাদোকখ্রো, মপীনা চিক্লরনি। তাপস্বীনী অমমা অশাবা রাহোং অম পুবকুনা, শান্নপোং সর্বদমন্দা অসি লো হায়দুনা পীরকই। অঙাঙদন শান্নপোং লৌগদনগী মথু য়েং অম তংথোক্লকও মচানবু দুষ্মন্ত মা য়েংবদা অঙাংগী খুবাক ময়াইদা, রাজা চক্রবর্ত্তীগী মন্নি লৈব অসি উখী। অঙাং অদুনা শকুন্তলা হাঃ ইমা শকুন্তলা হায়ন কৌখী। শকুন্তলানা পোকপ অঙাংনি হায়ব, খঙথিদুনা নিংথৌন তপস্বীনীদা, অঙাং অসি কনাগী মচানো হঙিও তপস্বিনানা পৌরব শাগৈ মচানি খুম্মী, নিংথৌনা চঙভী পৃথীগী অঙাঙনা, সর্গদা কমদৌনা লৈররিবনো? তপস্বীনা খুম্মী অপ্সরাগা মরু লৈনবদগী লৈবনী, অঙাঙ্গি মথুত্তগী নোংশা মচাদু অমুক্ত থাদোকপিখো হায়রকই দুষ্মন্তনা অঙাঙ্গি মথুত্তগী নোংশা মচাদু থাদোকপিদুসি হায়বগ নোংশাদু থাদোকখি? অদুদা অঙাঙ্গি মথুত্তা শিবীবা 'রক্ষাসুত্র" নাপ্পাকতুনা লৈপ ঙম্মারে। তাপসীন হায ইহে অঙাঙ্গি "রক্ষা সুত্র" তাদ্রে হায়নকই, নিংথৌনা "রক্ষাসুত্র" খুমগংলগা অঙাঙ্গি খুদাংদা শনশিনবী। মদু উবদা তাপসীনীন হায়রকই, অঙাঙ্গি "রক্ষাসুত্র" অসি মুনিনা পুনবীবা মতমদা, করিগুম্বা না.ম্বাকতুনা তারবদি, মম নত্রগা মপা অনম্বুং মশানা খুনগংপা নত্তবদি, লিন ওইদুন চিক্কনী হায়খি। রাহেদু তারদা দুষ্মন্তনা মচানি হায়বা খঙদনা মচাবু চেংনা কোল্লগা লাইবক্তা চুপ্লগ? ইপাগা হবুডে নংনা, নমাবু নিঙশংগুম্বা ইপাবুস্থ্য হাযখি। অচানা নংদ ইপ নত্তে, ঐগী ইপানি দুষ্মন্তনি, হররগপা মথুম তান্না চেনখিদনা ইমুংদা চঙখরগা মমাগী তম্পাকা ফমজখী। দুষ্মন্ত তপস্বানী অনিগী তুং ইন্দূনা চঙলগা, মেনকাগী চবন্দা ভক্তা কিয়েংলগা, দণ্ডবতনা খুকমজদনা হায়জবকই। ইমা ঐগী ইরান

* ব্যাখা — অশক বৃক্ষ হায়বসি অধ্যাত্মিক্তা নাওইদোং পাম্মৌনি হারবি। মীওইবনা অরাব তাবরা মতমদা মাগী মখোংদা ফন্নগা বাখল তৌদনা লৈবদা। বুদ্ধি লৈক্তবা অরাবা চিন্তা কোকতুনা মীওইবগী মুঙঙাইনবা বাখল লাকই অরাবস্ম কোকই। মাগী মগুণ অমা লৈ মরম অদনা মাতুলিনা দুষ্মন্তবু অশকী মখোংদা ফমহন্দূনা পোখাহনবনী। অসুম্মা অধ্যাত্মিক্তা হারবি ইতি।

ঙাকপীয় ? নচা ইবেম্বগা নগুগা পিখীয়গা ইমানা ; ঐগী অয়াবা মৈচাক অসি, অয়ুক্কা কোকপীয়ু। মেনকান, হাইরকই, মহারাজ ইচাদি জগোইশাবীনা পোকপনী, পুক শাগেগী মিংচৎ থিগনি, ঐমা পিবা ওয়োই। মেনকাগী য়াহৈ ভাবদা নিংথৌনা কপহুনা, ভক্তি কয়া তৌহুনা নোঙ্গয়বদা পেন্নহুনা হায়রকই। মহারাজ হৌজিক্কি ঐগী গুণ থংলক্কুনা, চঙজয়রকবা শরনাগত ধর্ম্মবু মেনকাদা লোইদনা ঙাকনী য়ারুগম্ব ; অসি হংয়রগা টমুংদা চংখ্রে। শকুন্তলা মচাবু য়েংলগা হায়রকই। ইমাগী ইবেম্মা হৌজিক্কি ইমানা নিংবা থুংডে ; গুপী ওইবীনা মপুয়োইবগী। ময়ান ঙাকপনা সতীগী ধর্ম্মনী। নযুংঙঙা উনবা য়ারগনী থোক্কনী হায়রগা মচাগা মগুগা থোরক্কুনা, ছুষ্মন্তগী মকমদা শিরবীরে। শকুন্তলানা হায়রকই, ধর্ম্ম চেল্লবা মহারাজ, ওজবী ঐবু কমদৌনা লৌশিনবীগদৌরি-বনো ? পুক শাগেগী মিংচং থিবা ওইগনী, অসি হাংহুনা মপুয়োইবগী চরন্দা খুরুমজথী। ছুষ্মন্তনা শকুন্তলাবু কোনখংলগা হায়রকই, ইবেম্মা ঐগী টবান পুম্নমক, লাইগী নোংদমদগী খুদোপ অসিনা থোকহনথিবনী। নজি সতী ধর্ম্মনা ঙাকপীয়ু। সতী মজী মগুন্না পুক শাগেবু ঙাক্লগনি, হৌজিক্কি বিজয়া নগর চৌরসি॥ অসি হায়হুনা সতী শকুন্তলাবু, কোম্বুনা হন্না হন্না মুখ চুম্বন তৌরকই। মতম অহুদা মাতুলি লাক্কুনা, কাশ্যপ মুনিনা উমনিঙঙী হায়না পাও তয়ুরে। ছুষ্মন্ত শকুন্তলা মচাগা লোইননা মুনিগী নাকা য়ৌরক্লগা। মুনিবু অদিতী দেবমাতাবুস্নু খুরুমজরে। কাশ্যপ প্রজাপতিনা হায়রকই ছুর্ব্বাসাগী শাপগী খুদোপ মাঙড্রবনা, নবঙানি কায়নক্লবনী। হৌজিক্কি ইন্দ্রমন্নু নোংজু দুশা চুম্না পীহুনা। মহৈ মরোং ফনবা মতেং পাংনবা ওইরসন্নু। নচা অসিগু রাজাচক্রবর্ত্তি ওইরকসন্নু ; অমুম্না বর কাশ্যপনা পিরে, অদিতীনস্নু পুজি শাংনা পাজো হায়না বর পিবীরে। অদিতী, কাশ্যপ, অনিগী বর ফংলবদা ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণগী পদ ধুলী লৌজে। ছুষ্মন্ত শকুন্তলা ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণবু খুরুমজরগা। ইন্দ্ররথ তোংদুনা মাতুলিনা পুবকপসি, বিজায়নগর মেঘাছন্ন কোগুং য়ৌরক্লে। "মাতুলি ছুষ্মন্ত বিদায় তৌনরগা ইন্দ্রলোক্কা হনথী" ছুষ্মন্তনা শকুন্তলা দমন মচাগা পূসিন্দুনা, কোগুংদা চঙঙক্কুনা, মহারাণী বসুমতীদা শিন্নরে। শকুন্তলা মচেম মহারাণীবু খুরুমজৈ রাণীনা শকুন্তলাবু কোম্বুনা পেনহনথী ; দমন মচাবু মতম্বাক্তা হাপ্লগা চেংমা কোন্দুনা, লাইবক্তা হন্না হন্না চুপথী। কুলাচার্য্য কঞ্চুকি মিশ্রনা চঙঙক্কুনা অশীর্ব্বাদ তৌই, শকুন্তলা কুলাচার্য্য ব্রাহ্মণবু খুকমজরে। বিদুষক মন্ত্রি চঙঙক্কুনা শকুন্তলাবু ভক্তিনা পেনহল্লি, ছুষ্মন্ত মিংথৌনা দান কয়া তৌহুম, ব্রাহ্মণশিংবু পেনহল্লি ? লাইরবা কয়াদা লন য়েন্দুনা লাইরবশিংগী অয়াবা কোকহল্লি ; মহোৎসব কুইরে কয়া তৌখরে। অসোমদা কাশ্যপ মুনিনন্নু শিশু অমা থাহুনা, ছুর্ব্বাসাগী শাপগী ছুষ্মন্ত শকুন্তলা অনি কাইনবা অও। হৌজিক্কি শাপান্তকী মতম ওইরহনা। শকুন্তলাবু মচাগা লোইননা ছুষ্মন্তনা লৌশিনখ্রে হায়বা ; মচা ইন্দ্রদেবদ থওহনথী। ছুষ্মন্তনা মচাবু কুলাচার্য্যদা, লাইরিক তমহন্দুনা মতিক চানা ঠৈহল্লি, বিদ্যা তম্বা লোইরবদা যুবরাজ হাপ্নে। যুবরাজ ওইববা মতমদা সর্ব্ব দমন উত্তম বিজয় চহুনা। পৃথীবীগী জিংথৌ পুম্নমক জয় তৌরগা।

থিদর্ভ নিংথৌগী মচানুপী অহমবু পুলপ লুহোংখি। অহুদগী মনিং ভরত হায়না খোনখি অহুগী মরমদি ভারতবর্ষবু অয় তৌবগী খোনবনী, দুষ্মন্ত মতম কুইনা রাজভোগ চাদুনা পাল্লগা। বসুমতী রাণীগা মচা ইবুঙো ভরততা নিংথৌ খুবম শিন্নরমলগা। বন্দা লাইনিংদুনা নিংথৌ মহারাণী অনি বৈকুণ্ঠ ফঙখী। "ভরত রাজানা শাসন পুসিন্দুনা ফজনা পাল্লী হায়বদগী জম্বুদ্বীপপু ভরতবর্ষ হায়না কৌখী চন্দ্রবংশ অসিত্ত ভরতকি হাক্তগী ভরত বংশ হায়না কৌনখী। অসিগুম্বা আদি পর্ব্বগী ৱারী ভরত বংশগী ইতিহাসবু; মাওইবনা পুক্নি চংনা ভাজরবদি; সম্পতি চাওখৎলী, মচা ফঙঙী, মিংচৎশু ফঙঙী, শিরবা মতমদা। যমগী যাতনা কোক্নুনা বৈকুণ্ঠগী সুখ ভোগ লেপ্পা ফঙঙী। শ্রীব্যাসদেবগী সোয়কত্রবা য়াথংনী॥ মসিবু লাইমযুম ৺শ্রীবিবচন্দ্র। শর্ম্মনা মাতৃ ভাষাদা ইজরম্বনী। ইতি॥ সম্পাদন তৌজবা শ্রীহরিদাসসিংহ, অসোইবা কয়া বৈষ্ণব সমাজনা ঙাকপী গনী মিংঙৈ, সাহিত্য সেবা পামজবদগী তৌজবনী। হরি হরি হ'র॥

---

## অধ্যায়ঃ—

## শর্ম্মিষ্ঠা-দেবযানীগী—

### ৱারী মতাং॥

নৈমিষ্যা কৌবা বন যজ্ঞ শালাদ ৱারী তাবিবা শৌনকনা হঙখী, কচগী শাপ্তগী দেবযানীবু কমদৌখী। সৌতিনা হায়রজে তাবিয়ু মহামুন পুম্নমক; মহাভারত আদিগী ৱারী অসি চাওখ্রে অমুক লিজবগে তাবিয়ু। বৈশম্পায়ন মুনিগী মফমদা জন্মেজয় নিংথৌনা হংজখি, সংক্ষেপ্ত্রি ওইরবা "যযাতি" নিংথৌদা, ব্রাহ্মণগী জাৎতা পোকলবী ইরাই শুক্রগীসু মচানুপা "দেবযানা" বু লুহোংখিব করম ওইখিবনো মদুগী ৱারীদি লিবখিত্রি মাদু অমুক্তা লিবীথো, মদু তাজনিংই ৱারা অদু লৈচৌরন্দি; মনাই জন্মেজয়গী পুক্নিংগী চিংনবা অমা লৈখিব তাবে। মুনিনা হায়খি — মদুদি অসিনি: মমাংতৈদা হিংচাবগী নিংথৌ "বৃষপর্ব্ব" গী মচানুপা শর্ম্মিষ্ঠা হায়না কৌবী অমা লৈরমই মহাক্তি দেবযানীগী মীনাই সুপী ওইবমই, ওইখিব মরমদি, নোংমা দেবযানী অমসুং মমাম্নবী লোইনবী কয়া মরুমগা লোইননা চৈত্ররথ কৌবা বনগী ময়াইদা লৈবা। থিংখিজরবা পুখ্রী অচৌবা অমগী মপান্দা, ১সুং মসুংদা শাম্নরমই। মতম অদুদা মখোইদি মমাম্নবী নহা মশেল ওইনবদগী ইকাই ইকি লৈরমদে, মখোইগী খাংশেং ফী পুম্নমক তোর্ব্বান্দা থম্নগা শাম্নমিন্নে। থংহৌদনা অকনবা মুংশিৎ লাক্নুনা ফি পুম্নমক হুমদোকখ্রে, অমসুং চওৎমখে; * অদু উরবদা

* কচনা "সঞ্জীবনী" মন্ত্র তম্নগা লাইয়ামদা মথং মথং অসুরগা শোরারেগা লান চংলকপদা চৈত্ররথ বনগী লৈকোন্দা কন্যা ময়াম শাম্নরবদা শোরারেম্না মায়া তৌদুনা মুংশিৎ ওইনা হুমদোকপনি।

ঈশিংদগী চেনখৎনহুনা মাগী মাগী ফি লৌনবদা। শর্ম্মিষ্ঠানা ওক্কুনা দেবযানীগী খ্বাংজেৎতু শেৎখিরম্ই। অহ উবদা দেবযানীনা শাওনা চেনশিল্লকই, অমসুং অথীবা য়াহৈনা চৈরকই। চৈরকইবা য়াহু থর হেনমন্না, মরিংজেনগা থর কনবী ওইবগা, উশিন্দুনা হাঈ — হাঈ — শর্ম্মিষ্ঠা হায়রবী মীনাই ঙবী। নংগুম্বা য়াক্সী নিডোম্না ব্রাহ্মনী ঐগী ফিবু; তরাই তরাই হেক্লা শেৎপদি অহুম হৌনব্রা? ইকাইদবী হিংচাবী। দেবযানীগী য়া অসি তাবদা ইকাই খুংশি য়ান্নদুনা শর্ম্মিষ্ঠানা খুম্নকই, করি, — দেবযানী অওকপা অকাওবা হায়বহুদি নহাকসু অহুঙ্ডাই; অহুদা করিগী অহুক থীনা হায়বগে? নখোই নপা নচাদি হিংচাবী ঐগী ইপানা বক্ষাল হুন্দুনা হিংজবনি, পিদবা খুমিত্তা চবা হেল্লিবনি, মরম অহুনা ইপাদা চংজহনা নথরাই হিংলিবনি। মতৌ অসুম তৌহুনা চিন্দান পান্দানহনা য়াম্না খৎনরখ্রদগী অশাওবনা হেজিল্লক্কুনা খুংখেংনানা চৈনখে। ইনৈ, কাওনৈ, ফুনৈ, অমসুং মশম কোইনৈ! মতম অহুদা শর্ম্মিষ্ঠানা খুদোংচাবা হেনখিবনা; দেবযানীদো গুহাদা ইন্থৎখে। গুহা অহু ঈশিংদি য়ামদবা মরমদগী শিদি শিদে, কাবদি ওমখিদ্রে। মমান্নমী লোইনবাশংনা লৌথংকে তৌবনা শর্ম্মিষ্ঠানা লোবংহন্দ্রে অমসুং পুখমক মখদা হন্নখে; দেবযানীদি অংম চৈলেহৌবে। লাইগী নোংদম্না কনবনা খুমিং অহুদা হস্তিনাগী "যযাতি" নিংথৌনা মনাই কয়ামক্কমগা মৃগয়া শাদানবা লাক্লমই। বন অহুদা চংলকপদা নিংথৌনা ঈশিং থৌরাংহুনা থিবকপদা গুহাদা তাহুনা লৈবা দেবযানীবু নিংথৌ মশামক্তা থেংনরুরে যযাতি নিংথৌ ওক্কহুনা হংখবদা মশক মতৌ ফজখবী কন্যানা নাতৈ চাদনা খুদোংথিবা গুহা মনুংদা তারিবা করিগীনো? লাইগাক খল্লুবগা হংলকই। হে থা মানবী ইবেম্মা। নহাক কনানো? করি মরমগী কোমদা লৈরিবা শেংনা চিংনবা লৈতনা ঐঙোন্দা হায়য়ু. ঐ অসি চন্দ্র বংশগী যযাতি নিংথৌ হায়বহুনি। য়াহং অহু তাবদা অরাবা তারবী দেবযানীনা, মিংতা পিনা ঈরা চেল্লহনা হিক্ক হিক্কা হায়বা য়াহৈনা খুম্নকই; মহারাজ ইবুঙো ঐদি ইরাই গুরুগী মচানুপী দেবযানী কৌবীনি। থোজানবীহুনা ঐবু কোমদগী অমুক্তা চিংথৎপিরম্ব? য়াবোল অতৈদি কোম্না হঙ্গৎচগে। নিংথৌনা চায়থি হেইবেম্মা নগাক্তি ব্রাহ্মণী মঙুন লৈবা ওইরম্লে; পিতা ঠাকুবগী গুণ খল্লুবদা ইখুংনা নহাকপু শোকপা চিন্নরে। দেবযানীনা হি — করিয়ানো মহারাজ; দোষ থিবীদহনা শিবদা তারবা নুপীমচা ওইবী ঐগী থরাই কনবারম্ব? উপায় লৈরবী অমসুং নুপামচা অমাওইবগা প্রেম খল্লুবদা লংথোক্কুনা চৎপা ওমখিদ্রে। খুদক অহুদা যযাতি নিংথৌনা, নুকথহুনা লাম্নগা — য়ানা লামখৎচরবী ফজনা থোংলবী কন্যাগী খুজেং য়েংতা পাইহনা, চিংথংপিহনা মীক্তা থাঙ্গৎপিরে। অদুগা চৈহৌরো ঐ চৎলগে হায়রমলগা যযাতিনা খুমিং অদুগী থবক থোদোক লোনদুনা; মনাইশিংগা মাগী কোম্নুং তাম্না হনখরে। যযাতি চৎখ্রবা তুংদসু, ময়ুমদা চত্তনা খুত্তাইখিদরদগী কমদুনা চিন্তা তৌদুনা লৈয়ে; মতমদি হৌখিদুনা থুনিংতাগদৌরে। মতম অদুদাদু দেবযানীবু দুনা লিংবী "ঘূর্ণিকা" কৌবী মতানা (ঘূর্ণিকাসু কৌনৈ) য়েংলুগে হায়না লাকপদা উনখ্রে।

দেবযানীনা তত্তা ইংবমা চাম্নখোইবী। রা অশুভ ওানদুনা কাম্নদে, ইপাদা ঐগী রাবু হায়বিরু, নচাদি লম অসিদা লৈরক্লোই। শর্মিষ্ঠাগী মমাংদা হিংহনা লৈগদবগী শরুকপুদি। উনরোইদোবা অগাদা চৎখ্রগে? সখীনা হায় শাওবিগনু ইংবস্তা ঐ চংচরুগে হায়রম্লগা; চংতুনা দেবযানীগী রারম পুন্নংক ইরাই শুকদা তম্লুরে। লুনা থমজবী মচানুপীগী রা তাবদা, অশাওবগা লোইননা "শুক্রাচার্য্য"না চেম্নক্নুনা দেবযানীগী মন কুপা য়োররে? অমসুং মপাংবুদা মীনা লাকচথীবগী কপতুনা পাওদমখি। মরম করিগীনো হায়রা শুক্রাচার্য্যনা হংলকই, নংনা হায়নিংবা রাজম পুন্নমক ইপাদা হায়বু, নঙী অপাম্বহ ঐনা শোয়রদনা লাংবীগনী, করিগী মুমিং তারমদাই ওইরবা ফাওবা। যুমদা চঙওক্লনা নতোমত্তা কপ্পুনা লৈবিবনে? তাবিযু পাবুং—হিংচাবগী মচানুপী—হিংচাবী শর্মিষ্ঠানা ঐগী খ্বাংজেং লোইনা শেংলি? অওইবমক্তি ময়ামগী ফি থমমি জলক্রীডা শান্নবদমি। অহুদা ঐনা রাহৈ খর হায়কবগীদমক, মাহাক্না হাইরকই ঐখোয় ইপা-ইচাবু মহাক্তী মপানা থাকপনি, অমসুং মপাদা হাজবদগী শাগৈমচিংব তিংলিবনি হাই। অহুওম্ন নংতনা কাবা ওমদবা কোমদা ঐবু ইম্বুবমলবমি, লাইগী নোংদমদগী মীনা লোখংপিরমহনা শিগদবদগী ঐ হিংলবমি। মরম অহনা শাওনিংবনা নংত নংতবা রাথল য়ায়া থরে। মচাগী রা তাবদা ইবাই গুরুনা শাওকয় ইবেম্মা, মানা তোবনা ফংতবা ওইরংদি মহৈ অহু শোয়দনা মানা ফংগ ন। অহুগা অশাওব হায়বা অসিদি পাপনি, অমা বম্নু অশাওবদগীনি। চহি চাম তপ তোহনা ফংবা পুন্যগা, তপ তোদনা ওকশাও শাওবিদনা চেম্নকপা পুন্যগা অনি অহু য়েংনবদা শাওদবা গুপা গুপীহগী পুন্যনা চেনবমি। মরম অনিনা ইপানা হায়বা ইম্ন্ মানা তোবনা মাগী শরুক ওইসনু; দেবযানী মচা গুপীনা হায়রজে পাবুং—অহুম ওইহুনস্ন; শর্মিষ্ঠানা ঐংকোন্দা ডাংখিবা রাহৈশিং অহু হেক নিং-শিংলুবদা লিনগী হুগুয়া হকচাংদা কাংক্লে। শিং অকংবা অনি তরগা মৈ চোহনা চাকপগুম চাকাশল্লক্লে, দেবযানী ঐহাকসে হিগুহুনা কাম্নদে। নচাবু তি জথো হায়রবদী শর্মিষ্ঠাবু হায়জ হনবীয়? গুরুনা মচাবু থেম্বদা য়াত্রবা, অমসুং য়ায়া মথরাই শোক্না গুংহাইতবা উবদা, লৈবা য়াপিগ্রহনা শর্মিষ্ঠাগী মপা হিংচাবা "বৃষপর্ব্ব"গী মনাক্তা চংখ্রে, য়াবদা দৈত্যরাজনা থুরুমই আসন থাহনা ফমহল্লি। ইরাইনা হায়খি, কে নিংথৌ, নংনা ভক্তি কংপা গুসিদগী তোক্লো, ঐম্ন লম অসি থাদোক্তুনা চংখ্রগে। করি য়ানো গুরুদেব ননাইনা লানবা করি লৈরবগে? অদি তাবদা মচানুপী শর্মিষ্ঠানা দেবযানীবু কোমদা ইম্বরগী রা তমখি। অহুগী মখংদা হায়খি, কে হিংচাবগী নিংথৌ, জীবহিংশাতৌবা নখোইগী মনাক্তা, অহুম লৈরবদি ঐখোয়হু পাপ অম্ন অসুম চেম্নকগনি। সাধুশিংদি পাপীগা তিম্নবা থাদোকই॥ মরম অসিনা মকম অসিদা ঐনা লৈকম খোক্লে; ইথরাইগা মায়জরবী ইচানুপীবু, হাংকে তোরম্নবসিনা অতোপ্পা মকম অমদা চংখিবনা কয়ে। চৌজিক ইচানা লৈসী য়াত্রংনিনা ঐম্ন লৈরক্লোই, খংজহোক্লো জাতপীরমগে ন্যাকপনী, ঐ চংলে। ইরাই গুরুগী রা অসি তাবদা, গুরুগী মখো কোপ্নুনা বৃষপর্ব্বানা য়ারুবগ্নি; ক্রোধিগয় গুরু দেবনা য়াবেশ খোমাবিবদগী, ঐনা হিংচাবগী নিংথৌ ওইববনি। ঐম্ন চুপ্তোক্নিজিন্নবগ্নি; পাপ

## অধ্যায়

# যযাতি অমসুং দেবযাণী বিবাহ তৌথিবগী ৱারী মতাং

অধ্যায় অ'সদগী শ্রীশাস্ত্রলাইলাংপম কাহ্নাই শর্ম্মা ৱারী লিখা পণ্ডিতনা ঃবিয়থা শরুক হৌজরে ।

মোংমদি দেবযানীনা "চৈত্ররথ বন্দা মনাই লুপী শর্মিষ্ঠাগা চিংবী লিশিং অমগা লোইননা মখোই মশেল জগোই শা, ইশৈ শক অমসুং পুং য়ৈহনা লুতাইনা শান্নরিঙৈদা হস্তিনাগী নিংথৌ "যাযাতি" মৃগয়া অমুক লাকপদা থেংনরে । নিংথৌনা মতাই থংবী কন্যা অমদা মরাইদা লৈবী কন্যা অমি কনানো হংখি, ইরাই শুক্রগী মচানুপী দেবযাণীনি হায়না তাকখী । দেবযাণীনস্তু নিংথৌনা তৌবশুং মিংকম হোংবা য়াখিদে, খুদক অহুমক্তদা মনাই শখি অমা থারকতুনা হায়জরহুন। নিংথৌবু কৌশিনাখ; মখোই অনিনা অমগা অমগা পরিচয়বু হংনখি । মমাংঙৈদা শুক্রাদা তাবদগী লৌথংপিরবা ৱাফমু, দেবযানীনা নিংশিংখরে, হে মহারাজ শুক্রাদগী লৌথংপিবদা লুপী ওইবী ঐগী খুজেং পাইখিবা মতমদা ইশানা বরিখরে । অতোপ্পা ইপুরোইবা অমত্তা আশা তৌদে, মহারাজনা নমাই ঐগী (স্বামী) ইপুরোইবমি তাইশুমসুং লুপী ওইবা ঐখোই-গীদি ইখুং খুজেং পাইথরবদি পাইখিবা লুপা অহু ইপুরোইবা শরুথরে হায়বা বেদগী ৱাযু শুক্রজন-শিংনা তাকপিখি, মরম অহুনা ইপুরোইবনি ঐদি সত্তি ধর্ম্ম পামজবানি, মরম অসিনা ঐবু ৱাণী হাপ্পীযু, মহারাজনবু পাইজহুন। লৈজরবানি সেবা ফংহনবায়ো হায়খী । যযাতিনা পাংলি ইবেম্মা নহাক্তি ব্রাহ্মণ নিংডোলনি, জাং পুন্নমকা অথোঙ্গবা ব্রাহ্মণমুখীবু চন্দ্রবংশদা পোকপা ঐনা সেবা তৌবদা ঐনা চিংনৈ; অমসুং পুন্নমক্তা কিন'ৱবা ইরাইগুরুগী মগুণবু ঐনা কি । অসিগুম্বা ৱাংতা অসি তাবদা, দেবযানীনা মনাই শখি থাহুনা ৱারম পুন্নমক থংহনখি । শুক্রনা মচানুপী অমসুং নিংথৌ অনিমক মনাক্তা কৌরগনা হায়খি, মহারাজ ঐনা ইচানা নিংবা থুংহনবদা থোইদোকনা অকায়বা লৈরবাহ, মবমদি খুজেং পাইথনবা (পানি গ্রহণ) তৌবনা দোষ দোষি থিবরোই, ভসিমক কন্যা দান কংলগে, চিংনবা তৌগন হায়খরে । ইবাইগী য়াথংবু নিংথৌনা য়াখি, কুমিং অতুমক্তদা গন্ধর্ব বিবাহ তৌহুনা দেবযাণীবু যযাতিদা দান্ কংখরে । গন্ধর্ব্ব বিবাহ কৌবদি মশা মশানা হাপ্পনা ৱানরগা কেন্না হায়নবা অমসুং লুপীনা অহানবদা, ইপুরোইবা ওইরগে হাযবা হৌখিবা, অহুদা কংপা কন্যা দানবু কৌই । মতম অহুদা ইরাই শুক্রনা মচাগী মনাই পুন্নমকস্তু উনখি, অহুগা নিংথৌদা হেকশিন্না হায়খি হে-মহারাজ মনাই পুন্নমক্তা লূচিংবী শর্মিষ্ঠাদা করিগুম্বা প্রেমগী মিংলেং তাক্তগনু মহাক্তি হিংচাবগী মচানুপীনি; অমসুং ম্নৈমাই লুবীনি । অসিমচিংবা ৱারম করামরুমগা লোইননা, মচানুপীবু নিংথৌদা থুংকা থুংকা শিন্নখি । নিংথৌ অমসুং দেবযাণীনা

গুরুবু থুরুমহুনা বিদাই লৌরগা, শর্ম্মিষ্ঠামচিংবী মমাই পুরমক পুহনা কোনুংদা হনখি। য়োরগা প্রজানা য়াহনা দেবযানীবু হস্তিনাগী মহারানী হাপখ্রে। শর্ম্মিষ্ঠামচিংবী মনাইশিংগীস্থ লৈকম তোপনা লৈহনখী মতৌ অনুয়া থুগাইনা পানখি। মতম থরা লৈরগা দেবযানীগী গর্ভদগী, মতম চানা মথং মনাও অাইনা মচা পুপা অনি পোকখি। অহনগী মমিংনা যদু, মনাওগী মমিংনা তুর্ব্বসু হায়না কৌই, মশক মতৌ ফজে রাজকুমার ওইবগী মতিক চাই মগুণ লৈ। মরক অসিদা রারী অমা লৈরি মথদি অসিনি — নোংমা শর্ম্মিষ্ঠানা মহাকী ঋতু স্নান তুমিং থোকপদা মহাক্না মপুক্রিং মুংশিখি; ঐ অসিবু লাইবকখিদ। ! মপোক অসিমগী মাঙাই ওইবদগী হেন্নোইদৌরবোই হায়না চিন্তা তৌহনা লৈরিঙৈদা যযাতি নিংথৌনা হকচিক লাংবা লেংথোরক্লুনা মনাই মশল কনাগুম্বা য়াও-দবা মতম ওইবনা, শর্ম্মিষ্ঠানা চংশিন্নগা মহাকী চিন্তাগী রারীবু হঙ্গংচখি। মহাকী থুগাইজবা থশোই উরহনা তুমিং অহুদগী অয়োনবা অথুপ্পা মনাই ওয়খিহনা ধর্ম্ম য়েংহনা শর্ম্মিষ্ঠাগী ঋতু পালন তৌবিরম্মী। শর্ম্মিষ্ঠা নিংথৌগী থৌজাল্লগী গর্ভ ওইখরে। রাকম অসিদা ইরাই গুরুনা নহাল লুহো বা মচাগুপী দান কংপদা হায়রিবা রাবু হিকতোকপা থোকই, মথবু নিংথৌনা কাউবা নত্তে, মরমদি মঙোন্দা মীনা শরনাগত তৌররবাদ মী অদুগী অপাম্বা থুংহনগে হায়বা রাশক অমা লৈখিবনা মশাগী রাশক ভাকুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী নিংবা থুংহনখিবান। শর্ম্মিষ্ঠা দাসীনীহ কোম্বুনি মপাল লৈগী বন্দা লৈজবীনি, নোংমা নোংমগী হৌখিহনা থা তরা শুখরে। শর্ম্মিষ্ঠাহ মতম গুরগা মচা পুপা অমা ফংজরে। অদু তাবদা মগৌশানা মনাই ওইরকপানা মচা কংবগী তাবদা গর্ভগী কান্দস্থ চিংননা লৈরকপী দেবযাণীনা পোৎয়েং লাকপগুম্না লেংলক্লুনা শর্ম্মিষ্ঠাদা হংখি নুগাইরেদা হন্তা ইবেম্মা হন্দক মচা ফংবসিবু কয়ুম মচা ওযরবনো? শর্ম্মিষ্ঠানা খুমখি ঐনা তুমিং মগানি সেবা য়ারমদবদগী য়াবকপা (ঋতু স্নান) গুমিংতা সিদ্ধ পুরুষ ওহনা শৌবা ঋষি অমা লাকই. অহুদা ননাইনা ইচা কংজগে হায়না বর নিজগৌই, অদুদগী কংবা ইচানি। বাণীনা করে হবেম্মা অদু ওইরবদি ঋষি অদু মমিংনা করি কোবগে? শর্ম্মিষ্ঠানা ইবেম্মা চুস্থ ননাইদি তোঞবীনা ঋষিগী গুরা চাওবনা কিজত্তনা অকুপ্পা মংয়াল হংহাদ্রে মরম অহনা ঐ খংদ্রে হোদ্রে। অহ তাবদা দেবযাণীনা হাযখি— নরাইবক কৈদা ইবেম। নচানা নচা ফজবনে ঋষিগী বরনা ওইরমানে হায়বম্নগা হল্লক্লুনা রাণী কোন্নুংদা চংখি যযাতিগী থোজান্না মতাং চানা চহি মতম চান, চানা থন্ন-থন্নদুনা শর্ম্মিষ্ঠাগী মচানুপা ভাক্তা অহুম ফংখি, মথং মথং ওইনা মমিংদি দ্রুহ্যু, অনু, পুরু কৌই। মহা-ভারতকী রারী অসিদি অমৃতগী মশক্নি; জীব খিবিকী লান্নবা শ্রীব্যাসদেবনা লেংথরবনি, অমৃত ঈচেল ওইরব। মহাভারতকী রারীবু পুক্রিং চংনা তাজবদগী, জন্মেজয় নিংথৌ ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ কোকতুনা অয়োইবা মতমদা হরি ধাম ফওখী। হরি হরি হরি। ইতি।

## অধ্যায় ঃ—

# শুক্রাচার্য্যনা যযাতিদা শাপ তৌবা, অহল ওইবা লাইথুং ফংবগী

### বারী মতাং

শৌনকনচিংবা মুনি ময়ামনা হঙখা, যযাতিনা শুক্রাচার্য্যগী শাপ ফঙখীবা লিয়্ সৌতি, সোত্তিনা হায়রক্তে জন্মেজয় নিংথৌনা বারী তাবিবা মুনিদা হংজখি। যযাতিনা ব্রাহ্মণগী মচানুপী দেবযানীবু মচা ফংগবা মতুংদা করম তৌখিবগে? মুনিনা হায়খি, মতুংগী বারী অদু তারো হস্তিনা কোনুংদা চহি কয়ানিমুক লৈরবা মতুংদা যযাতি নিংথৌনা দেবযানীগা লোয়নদুনা "অশোক" কৌবা বন্দা শাল্লখি। বন অদুগী ফজবা মতৌদি কবি অমুক, হাসঙগনি, নিংথি নিংথিরবা লৈপাক অমসু লৈপালগী জাংনা মশিং নাইদনা তৌবা অদুনা পানথুবা শানা মখোয়, মদুদা মশিক চাবা মঙ মঙ ফজরবা অমসুং মখোয়না লুংশিবা উচেক্কী জানা কয়ামকম লৈরিবা মতৌ অদু উবদা অনৌবা পুক্রিং ওলহল্লবা অদুগুম্বা বন্দা অনমকনা লুপাইরিম্লখি॥ অমুক বনগী মতুংদা ফজবা ইংখোংগী খোংদা পোথাদুনা নিংথৌ মহারানী অনিনা লৈবসী চহি কয়ানিমুক শাগবদা, লোংমদি দৈত্য রাজা "বৃষপর্ব্বা"গী মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠাদো, মচা নুপা অহুমগা লোয়নদুনা নিংথৌ মহারানী অনিনা "বন বিহার" ওইবা শান্নবদু য়েংখিবনই। শর্ম্মিষ্ঠাগী মচা দ্রুহ্যু, অনু, পুরু অহুম অদুসু শান্নবগদগী মপাবুং যযাতিগী মনাক্তা চংশিল্লগা থুরুগী নিংথৌগী মচা অমসু ওইবনা, মশক মতৌ ফজবা গুণ লৈবা অতাং অলমনি, শর্ম্মিষ্ঠানা লোয়না পোকখিবা যযাতিগী মচা তশেংবনি। অদুগুম্বা অরোনবা মচা লেংবা অসি, দেবযানীনা থংলবগা হায়দোকপা য়াদদুনা লৈবননি অতাং অতুম অদুনা অকি অথ লৈতনা নিংথৌগী মা ওইনম লেপলবদা দেবযানীনা হঙংলি, মহারাজ, অতাং অতুম অসি কনাগী মচানে? বা অসি তাবদা অমুক লুংশিবা মচাবু ঐগী ইচানি হায়খিরে, অমসুং বারু শুকতোং ডাখিদ্রে। নিংথৌগী মতৌত উবদা দেবযানী, তশেংবা মবুঙ নিংথৌগী মচানি হায়বা থংখ্রে। মতম অদদা দেবযানীনা অতাংশিদা নখোয়বু কনাগী মচানে হংখি। অঙাংনা খুমই, ঐখোয়দি ইমানা শর্ম্মিষ্ঠা কৌই, ইপানা অদুদা ফমলবা নিংথৌ অদুনি ঐখোইগী ইমিংনা দ্রুহ্যু, অনু, পুরু, কৌই হায়রগা নিংথৌগী মনাক্তা থরা অমুক নকশিল্লকই অমসুং খুৎ লোয়নদুনা অদুম্বক লৈখরে। অদু তাওবদা দেবযানীনা তৌরকদবগী থল্লদুনা অঙাংশিং অদুদা কৌবীদে। দেবযানীনা মতাং চাবে হায়দুনা লাপলপনা লৈবা শর্ম্মিষ্ঠাবু কৌশিল্লগা য়ান্নখিনা চৈরক্তে। হাই—শর্ম্মিষ্ঠা হায়রবী হিংচাব; মীনাই খুবী, নঙোন্দা ঐনা হংবদা ঋষিগী ববদগী ফংবা নচানি, ঋষিগী মচানি হায়রখিবদাই হোজ্জিক্তি কবিগী নিংথৌগী মচা ওইরম্লে, হুরানবী ঙসিদি ফারেদো। দেবযানীগী অশাওবা রাঙাং অদু তাবদা! শর্ম্মিষ্ঠানা খুৎ লোয়নগা লোয়নকপা

লোয়নন্না হজংখৈ। শাওবীগম্মু মহারাণী ইবেমা। ননাই ঐদি থোইদোক্লা ধর্ম্ম কায়দে থঙ্গে, ইবেম্মাবু নুহোংবা মতমদা ঐবুস্থু অউন শাই ওইহনা পিরক্লবনি। অহনা ঐ অসি ননাহ অশেংবনি অহনদি নিংথৌগীস্থু থাদোকপা য়ায়রবা মনাই অমনি হায়বদা থোইদোক্লা লাল্লোই হায়রা। নিংথৌ ইচাশং অসিস্থু মহারাজগীমচা ঐ তশেংবনি। হে-ঈবেম্ম॥ ঐনা হায়জগদবাদ অশাওবা পুন্নমক থাদোকপিহনা নচাশিংব লৌশিনবীয়ু। ঐবুস্থু ধর্ম্ম কায়দবানি হায়না থবথীয়ু। ঐনা ঋষি হায়জবগী অবানবা রা নত্তে ধর্ম্ম লৈবা লাইনিংকনবা নিংথৌবু য়াঙ্গ ঋষি হায়নরি। শর্ম্মিষ্ঠাগী রা অসি তাবদা দেবযাণীদা, শাওবদা পান্দম অমা লৈথক্রে, অমস্থুং হায়বকই। করেদা শর্ম্মিষ্ঠা নংদি হৈহৈজেদা; নরোশং শিংজেদা ঐগী সেবক ওহরগা ফজনা ইযম (মপুগী ফম) মুল্লেদনা। ঐনা ইচা অনিদমক ফঙ্ভি নংমা নচা অহুম পোক্লে, ঐচোন্দগী নংনা লাকবক ফবী ওইরে, অসি হায়রমলগা যযাতিদা ওনশিন্দুনা দেবযাণানা হায়খি মহারাজবু ননাগনা হজংপা রাহি থরদি রাস্ত্রীবিগম, পাপকী লমচং চংপা হে-নিংথৌ। হুরানবগী তরানি মপুগী নোংমা হায়বহ নাওরোল অহুম কাওবা হুরান ওসি কারেদে। অমুকা বুদ্ধি মুন্না তৌবিয়ু, ইপা ইবুংো শুক্রাচার্য্যনা ঐবু নুহোং-বীহনা পীবা মতমদা। শর্ম্মিষ্ঠাদি মীনাইনি ভার্য্যাগী মিংয়েং তাগনু 'হায়খিবা, গুরু বাক্য হিক-তোকপা ঐ মক্তা লৈজবা ওমনরোই, হায়হনা মথোং তিংথোকতুনা শেংথা নাওইহনা কপ্লামথৈ কপ্লগা। হোগংহুনা কপ্পা কপ্পা মপাল্লোমদা চংখ্রে। নিংথৌনা তাম্মহনা থামহুনা কম্লামরুম হায়বদা চংখিন্ন য়াত্রে, অসুম ইররকপদা শুক্রাচার্য্যগী মনাক্তা য়ৌমিন্নখ্রে, অনিমক্তা শুক্রদা থুরুমখি। যযাতি, অমস্থুং দেবযাণী অনিনা, থমোই যাম্না স্নংঙাইতবহু উবদা শুক্রাচার্য্যনা লাক্লিবহুগী মরম হংবদা দেবযাণীনা থোদোক অহুগী রারম পুন্নমক তমম্মুরে। শুক্রনা রানম পুন্নমক তারবদা অশাও-বগা শোইননা, যযাতিদা চৈয়ক্লে। হে নিংথৌ ইচা শিন্নবা মতমদা ঐনা করি হায়খিবগে? শর্ম্মিষ্ঠাদা ভার্য্যানি থল্লন্ন মাদি মীনাইনি হায়বগা ঐগী রা ইন্দবদি ওসিদগী হৌননা নশা অহু নশক নত্তৌ ফজবা মাংলো য়াহা ইন্নুরবা তাইবংপান্দা পানবদা রারবা শকফম অহু ওইহুনা হন্নুবা হাঘবা লাইথুং অহু থুংলো হায়না শাপ তৌখ্রে। শুক্রগী অয়াকপা থোঙ্গেলগা শোইনব শোইফত্রবা শাপ অহু ফংবদা কিবনা নিকথরে, অমস্থুং হায়রকই। হে গুরুদেব! ননাইনা ধর্ম্ম কায়বা নত্তে, শর্ম্মিষ্ঠানা ঋতু রক্ষাগী দান নিবানি, দান পিকবনি কামগী ভাবতা পিবা নত্তে ধর্ম্ম ডাকনবগীদমক পিবনি, মীনা নিবকপদা দন সোইদনা পিনি হায়বা। ঐগী বাশক লৈবদগী ক্ষেত্রিগী রাশক ডাকপনি। বৈশম্পায়ননা জন্মেজয়দা হায়খি, তাবীয়ু মহারাজ ব্রাহ্মণগী বাক্য হায়বসি কয়াদা কনথরবনো? যযাতি অহু নহা ওহরম্বা শকফম অহু মাংখিহুনা অহলওইশিনখরে। পোক হৌরে ১উন থইরে ময়া তেকথরে, মমিং কুংলে, চাইকং তারে, মথা বোত্রে, মীমংতা মিৎশাং কাবে। মৈ শোত্লে; নিংথম চত্লে। মশাম্মু মশানা য়েংজবদা মপোমদা হঙ্গোহান্ন, থল্লু থল্লুরগা নহাগী শক্তো পামুইদা হায়হনা কপ্লক্লে। শুক্রদা য়েংলগা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, হে গুরু অথৌইবা!

শাংকেদকো ঐদি মীনা ত্তাদা-খুড়া কৌরোই, ইপু শোয়দনা হায়রনি, মচাদি নহা ওইরি, ঐদি অহল ওইশিন্থরে, মা সিবু করম্না য়েংগদোরিবনো ? অশিগী শরুক্তি শিখিবনা ফবা জাংনি। ফর-ফংত্রবস্থ নক্কাকনি, শাপ কোক্রবা পিবিয়্য। নিংথৌগী ধর্ম্ম ঙাকপদগী থোকখিবা দবা অহ্ দেবযাণী-না শাওমনবদগীগু; ওইখিবনী অমস্থং মতৌ অহ্ য়েংবা চমলকত্তহুনা শুক্রনা থোঙ্গানবীহুনা হায়রকই, হে-নি খৌ হায়নবা য়াবা নচাদা শাইথুং শিন্নবা য়ারে। চহি লিশিং (১ ০০) অমা নহা ওইহুনা পান্নগা অমুকস্থ হন্দো নবা য়াও লাইথুং শিন্নবা য়াবা নচাহ্ নিংথৌ চাম্বিরম্ন। নিংথৌদো হন্নাওবদা চমথৈ নৈত্রহুনা শুক্রদা থুকমলম্নগা যিদায় লৌহুনা নহা ওইবিরী দেবযাণীগা হন্নরবা য়যাতিগা হস্তিনা কোন্নুংদা হনখ্রে। অসিগুম্না যযাতিগী য়ারী অসি তাক্লবদা অমৃতগী মশকনি, সহিত্য লেবা পামজবদগী ইমা লোন্দা ইজবা শ্রী৺কাহ্নাই শম্মাগী অরানবা কয়া ঙাকপি-গনি। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

অধ্যায়ঃ—

## য়যাতিগী লাইথুং পুরুদা শিন্ননবী—

### য়ারী মতাং ॥

যযাতিনা কোন্নুংদা হস্তিন্নগা সিংহাসনদা ফমহুনা মচাশিংবু কৌশিন্দুনা থৌদাক অহ্ পুন্নমক তাহল্লে। অহানবদা দেবযাণীগী মচা অহল 'যদু' দা নহা অহল ওমসি, ইপাবু চহি লিশিং অমত্তংদি নহাগী শক্তমন তাইবং চিঙ্গাক চাহল্লু; মুঙাইহল্লু, হায়করে। মতম অহুদা যদুনা য়াখিদে মতম অহুক কুহবদি ওয়রোই, অহদা মপাবুংন। যদুদা ম গী ধান্নবা নংভোন্দগী হৌহুনা নংথৌদদি ওইরগনু হাইদোকখরে দেবযাণীগী গর্ভদগী পোকপা মচা অনি যদু, তুর্ব্বস্থুনি, যদুনা য়াত্রবদা তুর্ব্বস্থদা অমুক হায়রে, তুর্ব্বসুনা খুমই, পাবুং হনুবা পামদে, মহুবু মীনা য়াবা হৌনব্রা ? তুর্ব্বস্থগী য়া তাবদা শাওহুনা যযাতিনা শাপ চৈরক্লে ॥ নহাক্তি ম্লেচ্ছগী নিংথৌ ওইরুরো ম্লেচ্ছ হায়বা জাৎ অহ্ নগি শঙ্গ নচা থানা পান্দবস্থ ওইরো। ম্লেচ্ছ হায়বদি চহৈ চাহৈনবা তৌহৈ-তৌহৈদবা পাপ পুন্য খংদবা নাস্তিক ওইবা শা যগী মনা চাবা, বেন্না লৈনদবা, য়া ওাংবদ, ভক্ত দত্ত বিরুদ্ধ অপনবা ওইবা, অমাং অশেং থাইদবা ল চং লৈভববু মহু * কৌবনি। যযাতিগী মচা যদু তুর্ব্বস্থু অনিমকতো,, মপাগী বৃদ্ধ মতহবু চহি লিশিং অমা লৌ, মথোইগী নহাগী শকফমহু লৌরগা পানখিগে হায়বহুদা, ইপাসো ঙাওরমামে থমথী। দেবযাণীমা পোকপা মচা অনিনা য়াত্রবদা,

---

মূল — গোধাংবঃ খাদকো বশ্চ বিরুদ্ধঃ বহুঃ ভাষতে ॥ সর্ব্বাচার বিহীনশ্চ ম্লেচ্ছ ইত্যভিধী য়তে ॥

শর্ম্মিষ্ঠামা পোকপা মচাদা হংবা হৌরক্লে। ক্রুশ্যদা নংগী মহা অহু ঐগী অহলগী জরাগা চহি লিশিং অমতং ওয়সি, ইচা লৈবদগী ইপাবু লৌতাইহল্লু, মতুংদা অমুক ঐনা নহা পিরমলগা অহলগী শককম হন্দোরবা য়াগনি, ইবুঙো, হায়রুরে। ক্রুদ্ধ্যনা য়াদে, যযাতিনা শাওই, মপানিংববু অমদি মপানা হায়বা ইনবদ, মচা কৌবনি, নখোইদি অহু খোকরে; মরম অদুনা জাং থাইদোক্‌কবা জাং নাইদবা লৈবাক্কা নহাকথক্কগী হৌংনা চারোল ছুরোল ফাওবা নিংথৌ ওইহনা লৈরুরো, পুন্সি চুপ্পা নিংবা থুংদহনা রানা মতম লেনবা ওটকবো হায়না শাপ তৌখোকখ্রে। অদুদগী যযাতি নিংথৌ অগ্গমচাগী মকমদা, অমুক হায়রগে খন্দুনা. কৌশিল্লকই, ইপাগী জড়াসি চহি লিশিং অমা লৌ হায়বদা য়াদ্রে মঙোন্দসু শাপ তৌখি। চুয়গী য়ানহনা ওয়সি, শিন্নসি, হায়বা য়াদ্রবদি ঙসিদগী হৌহনা ঐঙোন্দা ওইরিবা জরা অসি ওইরো অমসুং মংমা পোকপা নচা থারসু; পুন্সি-রগম্ভ যৌবনগী কান্দা হেক-হেক শিবা ওইরো, অসুম্না অগ্গহসু মপাগী শাপ কংখ্রে, অহুবু মচাশিং য়াদ্রিবা মরিহ্ন, মপাবু লৌওরবনি খন্দুনা শাপ্ত কিখিদে। মচা অমতা নত্তনা মরিদা হায়বদা অমত্তসু য়াদ্রবদা। অমুক হায়গদবা চিংনরে। কয়ামুক চিন্তা তৌরুরগা ইচানুপা অমথক লৈরিবা অদিদা হায়হনা য়েংগে, থল্লগা পুরুদা হায়রুরে। পুরুনা পুক্রিং থম্মোই শেংনা য়ারহনা মামা অহলগী জরাবু লৌশল্লে, মপাবুংদা মাগী নহা পিখোরে। খাইগী অতোনবা পুরুনা মপা মমাগা ওগবু থংবনি, ঈপা ইমাদি শংসারদা মৈচমহনা খিবদা অমা লৈররোইদবনি। অতৈ লাইদগী হেনবনি, মচাগী মফমদদি মশা মমানা অখোইবনি. মখোইনা য়াবিখ্রবা মহৈদি মুমিং থুবা কোয়ক মহৈ (ফল) মাংত্রবনি। যযাতিনা নহা অমুক ওইহনা হস্তিনাগী নিংথৌ খুবমদা লুংডাইথরে; মপাগী নিংবা থুংহনবা পুরুদি, অহল ওইশিনখিবনা অরাবা খাংহনা লেমথবে। যযাতিনা মত্তম অহুদা মথল মথা অয়াম্বা দান তর্পণনচিংবা, মশিং লাকপা ডমদনা কয়া কয়া তৌখি। অতিথি ভিক্ষারী, ব্রাহ্মণবু নিংবা থুংহল্লি। অশোন অমা লাইরা লৈতবা পেলহাল্লি। মতম অসিদা মপাবু নহুবনা লাইরেন ওনখিবগী রাবু ব্রহ্ম সভাদগী হংহনা মপাবুংগী ব্রাহ্মণ থোওইদবগী দোষ কোকনম্ববগীদমক যযাতিনা "অশ্বমেধ" যজ্ঞবু তৌখিরম্মি ভুমা দান তৌই। মহাক্কা সর্গগা জগোই শাবী কয়াগা লোইননা কুবেরগী লৈপাক "নন্দন" বন্দা অমদি লৈকোশা, চৈত্র রথ বন্দা, অমসুং উত্তর মেরুদা অমদি চৌংদা চৌংদোনদা লুঙাইবা পুমমক্কা তিল্লবা লম থল্ল থল্লহনা শায়খি। মতৌ অসুম্না মথল মথা কয়াগী শান্নবা, লুঙাইবা, অমসুং ধর্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ, মরিবু তান্দুনা লুঙাইনা চহি লিশিং অমা চুপ্পা পুন্সিহ লেনখরে। পুরুনা মপাগী মহুৎ শিন্দুনা চহি লিশিং চুপ্পা অরাবা খাংহনা লৈরি। চহি লিশিং অমা ফায়রুবদা, মচা পুরুগী মতৌ অরাবা খোংবহ য়েংহনা লৈবা ওয়কত্রে। অমুক হয়া নহা অহল (জরা-যৌবন শিন্নরে, অমসুং হায়খি, ইপাগী ইবুঙো ইপা পেল্লে, নংনা মিংবা পুমমক থুংজরো নংনা নিংথৌ ওইহনা। মিংচং অফবনা তিন্দুনা শাগৈ চাওখংপা ওইহৌরো। পাত্র মন্ত্রি কৌশিল্লে, পুরু মচাবু রাজা অভিষেক পিরগে থৌরাং

তৌয়ো হায়না নিংথৌগী য়াথং পিরে। নিংথৌ, মন্ত্রিনাংবা অওব অথৌ পুরুমক তিন্নহনা থরবদা পোকমিন্নবদগী অহল অহূদা নিংথৌ হাপকম থোকপনি, তৌইগুম্বসুং মপানা হায়বা ইনবা মচাদা মপাগী থুবম শিন্নগনি হায়বা কন্নামুকস্থ য়েংলৈ, অহূম ওইনমক পুরুদা পিবা তান্নহনা নিংথৌ হাপখ্রে। নিংথৌ অমস্তুং শুক্রনা লেপখিবা য়াকমদা প্রস্থান্থ য়ানখি। যযাতিনা মচানুপা পুরুদা রাজনীতি তাকপিথি, অমস্তুং রাজ্যভোগ থাদোকখ্রে। দেবযানী বিদায় তৌখ্রে। বৈরাগ্য ওইহনা তীর্থ থোংবাল্লা, শ্রীহরিবু নিংহনা চাদ থক্তনা লৈখি। যদুগী থানা যাদব বংশ হান্নখরে, তুর্বসুদা ধারা পান্রে লাইনিং কনখি, দ্রুহ্যুগী ভোজ বংশ, অনুদগী ম্লেচ্ছগী জাৎ শল্লোকখি। পুরুদি চহি লিশিং তরা হস্তিনাদা নিংথৌ ওইহনা পানখি। অশিগুম্বা যযাতিগী য়ারী অসিবু তাবদা অমৃতগী মশক্তি। মতাং অসিবু মীতৈলোন্দা ইথোকচবা ৺শ্রীকান্হাই শর্ম্মা অরানবা কন্নাবু বৈষ্ণব সমাজনা ওাকপীগনী। ইতি। হরিবোল হরিবোল।

---

# অধ্যায়

## যযাতিনা সর্গদগী তারকপা অষ্টকচিংবা উঁনরগী সর্গ কাখিবা

### য়ারী মতাং।

নৈমিষা বন্দা য়ারী তান্নিবা মুনিশিংনা য়ান্না লৌরিবা সৌতিদা হংখি। সৌতি য়ারী মথা লৌয় যযাতি নিংথৌনা মচা হুপা পুরুদা নিংথৌ পিরম্লগা মথংদা কবি তৌখিবগে? য়ারী অহূ সৌতি নংলিখো। শৌনকাচিংবা মুনি মন্নামনা হংলকইবা য়ারীবু উগ্রশর্বনা লিখি। সৌতিনা লৌখিবা অহূমক বৈশম্পায়ন্না জন্মেজয়গী মফমদা য়ান্না লিখি, তাও জন্মেজয় নিংথৌ নবুধৌ যযাতিনা পুরুদা নিংথৌ পিরমলবা তুংদা মুনিশিংগা লোইনহনা বন্দা চহি লিশিং অমা লাই নিংথি তপস্যা তৌখি। অহূগী মতুংদা অমুক চাবা থকপা থাদোকুনা চুংশিং চিংশিল্লুনা (চুংশিং চাহনা) মহুতনা শান্তেন ওইনা হিংহনা তপস্যা তৌখি, লাইনিংখি, হকচাংদি শক্তগা, উমশাগদা মচাউরে। অহূদা চহি লিশিং অনি লেরে। অহূগী মতুংদা চহি অমা পঞ্চাগ্নি কোবা থোগীদা লৈখি, (পঞ্চাগ্নি= মাইকৈ মরিদা মৈ হৌবা, মথক্তা নুমংক্সী মৈশা মৈ মম্না থাংহনা লাইনিংবা) লাইনিং কনবা যযাতি অঙ্গ হকচাং থাদোকতুনা মকত্রবা দোলাইথক্তা ইন্দ্রলক তান্না নোঙ্গাপি। লাইনিংবগী পাঙ্গল্লা পঞ্চ ভৌতিক দেহে থাদোকুনা, সিদ্ধ দেহে ওইথিবনি। ওাইবং থাদোক্রমলগা আত্মানা মশক অমা ওইনা চংখিবনা ইন্দ্রলক্তগী ব্রহ্মলক তান্ন কাখিহনা, লক অহূদা চহি লক্ষ তরা লৈখি। অহানবদা ইন্দ্রলক্তা চহি লিশিং অমা লৈরম্লগা। কন্না কুইনা ইন্দ্রলক্তগী অমস্তুং ব্রহ্মলক্তা লৈখিবনি ব্রহ্মলক্তগী

অমুক হললুগা, ইন্দ্রলক্তা লাকুমা শোয়ারেনগী সভাদা য়াওরে। মতম অদুদা ইন্দ্রদেবনা মমাংতৌগী রা খংবা-খংবা, যযাতিদা হংখি—যযাতি নিংথৌ নহাক্না মচা নুপা পুকরগী লাইথু (অমা) লোথোক্লগা নিংথৌকম পিবিরম্বদা করম করবা ধর্মনীতি অমসুং রাজনীতি তাকপিররগে ? ইন্দ্রগী বাহংসি তায়গা নিংথৌনা রাখল তৌহৌদচনা, মাগী সত্যবাদি ওইবা অচুবদা হায়বনা যযাতিনা খুমখি, দেবরাজ। ঐনা ইচা পুরুদা শাস্ত্রগী নিয়ম চুম্না রাজনীতি তশীনে অমসুং ধর্মগী অচুবা য়েংহনা পুরুদা নিংথৌ কম হাপ্পীরে। অদুদগী বিদায় তৌরমলগা, বৈরাগাদা খুৎলিং লেপ্লগা বানপ্রস্থ ওই-হনা, চাদ থক্তুনা অকনবা লাইনিংনা লাইগী নৈবাক্তা লাকপনী, ইন্দ্রনা হায়, মহারাজ নচাদা তাকপিরম্বা রাজনিতি ধর্মনিতি শুগাইনা হায়য়ু? মহৃধর্ম খংলবা মহারাজগী মকথদগী ইন্দ্র ঐনা তাজনিংই। ইন্দ্রগী রাশায় অসি তাবদা, যযাতি নিংথৌনা অমুক হায়রকই, তাবিয়ু দেবরাজ ইচাদা তাকপীরম্বা রাজনিতী ধর্মনিতি মখংশিংনা হায়রগে।

ঐনা পুরুদা তাকপিরবদি অসিনি :—

মীগী অরাবা উরগা ঐনা থোইদনা রাগনি।
রারবা মীগী উপায়দি তৌফম থোকপনি।
পুকচেল চাওরবা মহাত্মাশিংদি অক্তমক তৌবিয়ু।
ফজবা রাহৈনা মীপুম খুদিং পেলহল্লু।

অথুপ্পা রাবু কনাশুম্বদা কৱিসু হায়দোকনু।
চুমদবা রা ভাংকদে, ওংবা রা হায়কদে।
লোনম তৌহনা মীবু অরাবা থক পীকদে।
পাপকী থবক খাদোক্তনি, পুমাবু রানা তামগনি।
লাইরবশিংদা লম পিহ্নুনা মুভাইহনগনি।
মথোয়মনা পেনখিবদি, ঐগী থমোইসু পেল্লবনি।
নিংথৌনা প্রজাবু ইচা য়োকপগুম য়োকনি।
জীববু হিংসা তৌকদে, ঐসু জীবনি অস্থানি।
ব্রাহ্মণবু লাইকদে, দান তৌফম থোকপনি।
শাগৈ, ভাই, মরুপ-মপাং খংনফরোই।
ফজবা লমচংনা, নিংথিবা রাহৈনা শিজিন্নগনি।
হুরানবা, মীহাৎপা, দাস্থ, লৈহললোইদবনি।
কনা লৈজরবা, অহল, অশোন অমা য়োকনি।
অহল লমম, লাইশঙ্কবু থেবাহায় তৌপনি।
অতিথি তাক্না নীবা মীবু থীনা হায়ফরোই।

অচুবা থবক্লা, অশেংবা লখীদা লম্তানগনি।
ইপাকন্দা ইথোনানা য়েক্লবা খুদুম চনগনি।
যজ্ঞ যাগ তৌদুনা লাইগী লমন শিংগনি।
লাইশং কৈবা, "হরি" সেবা তৌবা কাউগনু।
একাদশী ব্রত তৌগনি, সাধুশিংগা তিন্নগনি।
ধর্ম্ম বিচার তৌগনি, মরালগী নত্তি পিগনি।
ইত্রি খুদম চনগনি, অচুবা ফাংবা ওইগনি।
শ্রাদ্ধ, পিণ্ড হায়না পিতৃলোক পেনহনগনি।
মীগী মমোই শোকপা য়া থক ফাংলোইরোবনি।
মীগী মাংলবা শিনকদে, নংগীদা য়ায়া মাংগনি।
থমোই শোকপা য়া ওাংবা, মাংনবতা শিনবা লাং তিন্নকদে।
জীবগী মকমদা থৌজাল কৈবা তমশিন্নু।
মী খুদিং মুংশিবা, পুরমমা মরুপ ওইরন্নু।
মহাকসে য়াইগী ওইরন্নু, য়াইবুং নহাক্তী ওইথোকউ।
থজিক্তং পিরবনু অথোংপা য়াহৈনা পেলহল্লু।
কজবা অথোংপা য়াহৈনা মীবু খুতম চনগনি।
মীচং মীথাই লাইফদে, মারবা মিংয়েং য়েংগনি।
য়ারিবা মথে মীতোপ্পা নিয়োইদবনি।
অখিবা য়া হায়কদে, মীনা মুংশিগদবা য়াতা ফাংগনি।
অহন ওইরগা ইচা অহন্দা নিংথৌকম পিগনি।
বন্দা উহৈ-য়াহৈ চাদুনা লাইনিংবন লান নি।
অসিনচিংবা রাজনীতিবু ইচাদা ঐনা তম্বীরমই।
অচগী মতুংদা বন্দা লাইমিংদুনা মতম লেমখিবনি।
মতদা উঞ্ছবৃত্তি, শিলোঞ্ছবৃত্তি, পঞ্চ যজ্ঞ চৎলমই।

উঞ্ছ বৃত্তি— ফো মরু ৪, অমদি হয়াই মরু ৫ দং চাদুনা অতৈ য়াওরদুনা মাধ শোন্দুনা মতম লেনবা লাইনিং অসিবু উঞ্ছ বৃত্তি হায়না কৌই।

শিলোঞ্ছ বৃত্তি— মরু ১। ২ য়াওবা মঞ্জরী (মতোন) অমম থৎদুনা অদুতা চারগা মতম লেন্দুনা, ঈশ্বরবু পুক্লিং চংনা নিংবা অসিবু শিলোঞ্ছবৃত্তি হায়না কৌই, অমসুং পোৎশক অকরবা থম অসিনা থোং থাকপা অদুগীসু অতিথিশিংগী শরুক চমগ্রগা য়েক্লহৌবা চাবা বনবাসিগী অথোইবা লমচং অমনি। অসিগুম্বা (বৃত্তি) লমচৎ অসিবু তারগা শ্রীহরিগী ভক্তি তাক্লবু বানপ্রস্থ কৌই।

পঞ্চ মন্ত্র (প্রকাশিপ্পি)— মাইকৈ মরিদা মৈ হৌরা, মথক্কা ওলাংথাগী শুম্মা মৈশা, মৈ মত্তা থাংহুনা মিংনা লাইরিং মখল অমমি। অসিনচিংবদা হিংহুনা লাইনিংবা হায়বা অসি থুরিংমক্কা ওয়াত্রবা অথোইবা মক্কোয়া লাইনিংবগী মচুংনি। অসিগুম্বা রমচুংবা চহি লিশিং অনি অকনবা তপ তৌ-বগী পঞ্চ ভৌতিক (প্রকৃতুক্তনা ওইরবা) মেহে থাদোক্তনা ঐ লাকপনি। যযাতিনা মানা তৌরকপা দান, অমচুং প্রজাগী শাসনদা লাইরবা তৌরবা থোংজেকপা মিংতাংবা জিবা কয়াবু, মোক্তক থাকলকপা, অসিগুম্বা যযাতি নিংথৌগী নাপমগুম্বা লোইনা শিংথাবা, পাওদম তারবদা। থাগৎপগা লোইমক্কা রাহৈনা ইন্দ্রনা হায়রকই, যযাতি নিংথৌ নহাক্তি অথোইবা পণ্ডিতনি, মরমদি করিগুম্বদা চৎঙমরবা, ইন্দ্রলোক ব্রহ্ম লোক্তা মনিং তম্না কোইমে। হৌজিক তপকী রা তারে, মথংদা পুন্যগী রা তমউ, মহাক্কা কয়া য়াম্না তৌবা ওয়া সংসারদা কয়ি করি তৌরগে ? তম্নিংবগা লোয়নরা যযাতিনা হায়রকই তাবিবু দেবরাজবু! মী; গন্ধর্ব্ব, লাই অমসুং ঋষিমচিংবনা ঐগা মাননা তপ্পা কনবা, পুন্যদা তাদবা ঐগা য়ামদা অমা লৈররোই। ঐনা তারবা পুন্যগী লাং অহু কয়াগুম্বরা মশিং থাবা ওনলরোইদৌরনি। অহু তাবদা ইন্দ্রনা হাই, হে-যযাতি মংনা তৌবা নত্তোমক্তরা মগুন থাগৎচবদা থুদক অসিদা মরুবা থবক্তি মহৈ লোইরে। ঋষি, গন্ধর্ব্ব, লাই উশিংলুদবা মরমা মংগী পুন্য লোইখ্রে, সর্গদা লৈবা য়াররোই পৃথীবীদা কুমখ্রো। পুন্য লৈতবা মী মহাক অহুদি, সর্গদা লৈবা য়াদে অহুগা সর্গগী ভোগসু ফংবা য়াদে "মশানা "গুণ প্রশংসা মূর্খ মথোংগনী" হায়রবহু নত্তোক্কা থোকখ্রে। ইন্দ্রগী রা তাবদা হায়বৈ মাংলেদনা যযাতি ঐদি থৌজানবীবু শোরারেন নহাকনা ঐবু পৃথীবীদা লৈবা তারবদি পুন্য চেনবা মীশিংগী লম্বী মরক্তা তাহনবীয়। ইন্দ্রনা হায় হে-নিংথৌ নহাক্তা নিংলিবহু থুংলো অহুনা থুনমক সর্গদা অমুক কারকউ অসি হায়মরগা যযাতিদো সর্গদগী তাখ্রে, কয়াদা লুথুবা অমসুং কয়াদা কনথরবা লাইগী য়াথংনো। তুমিংকী মত্তোগুম্বা লৈথরকপদা শুন্দা চৎলম্বা বীমান তোংবা, অষ্টক, শিবি, বসু, প্রতর্দ্দন, হায়বা পুন্যবান মরি; মীগী উপায় তৌবনা মথোইগী শরুক ওইরম্বা কাংবুনা উরহুনা ? অষ্টক্কা লাওরকই তুমিংকী মত্তোগুম্বা তারবা, মোংগী মরক্তা মোংথাংগী মত্তোগুম্বা! হায়থরক্কিবা নুপা লেপখো পুন্য চেনবা অস্টকী রা লেম্না মাংদে, লেপথরে অমসুং পুন্যবান মরিনা চংশিন্দুনা হংথি। ইন্দ্রগুম্বা ফজরবা তুমিংকুম লংনবা, মতিক চাওরবা নুপা নং কনানো? করি মরমগী পুন্যগী লম্বীদা তারকইবনো ? অমুম্মা হওক্তকপা রাহায় অহুগা মথোইগী য়াথংনা পাঙ্গল ওইহুনা অতিয়াদা লেপ্পা ওয়গী পাঙ্গল ওইরবা যযাতিনা খুমই ঐদি মহুষগী মচাশি, পুরুগী মপানি, যযাতি কৌই, চহিদা ময়ামদগী ঐনা অহল ওইরবনা ময়াম্ব ঐনা থুরুমদরে। পুন্য মলেং তাখিহুনা সর্গ, সিদ্ধ লোক্তগী তারক্লবনি। পৃথীবীদা লাইরবা মীবু মরুপ্পা থাদোকনৈ, অহওম্মা সর্গদদি পুনা লৈতবা মীবু লাইনা থাদোকনৈ। অহু ওয়রবরি নহাক্তি পৃথীবীদা, কয়বা পুন্য তাল্লমহুনা সর্গদা কয়মা কাল্লবা? অমসুং করিগী অমুক তারকইবা; অষ্টকনা হংবা তারবদা মহাকনা

শোয়ারেন্দা মানা ঁতৌবা পুন্নমক লীরবগুম্না। অথাকপা লৈতনা পুন্নমক অস্টকা তমথোকখি। যযাতি ঐগী ইত্তবু ইতোমতনা হায়দোকলুবদা। ঐনা তাল্লকপা পুন্যশিংছু লোয়খিহ্রনা ঐবু লাইমা তাহল্লকইবনি। অষ্টকা হায়রকই সর্গদগী তারক্লবা মহাক্তি ইকাই খুম্নফম ওইম্নবা মীনি, মরম অদুনা মতোন্দগী রা থরা তাহোগে; সর্গদগী তারক্লবা জীবনা কদায়া অমুক পোক্লকপা, অদুদগী পাপ্না কমদোবা, নরক তাবনা কমদৌবা, সর্গ কাবনা করিনো? অত্মানা তত, জীব তত্ত, শরীর, তত্ত তাকপিয়ু অমসুং জীবনা অরাবা, মুত্তাইবা করম্না ফংলিবনো? ঐথোইনা মহাকি পাওতাক অদুবু থংনিংক্তি। ঐথোইবুসু মহাক্না চানবীহ্নুনা ঁহায়বিয়ু, মাদু তাবগা পেন্নগে? রাকমদু যযাতিনা হায়খি, মাদু ঐনা থংবা থমদ: হায়জগে তাবিয়ু। জীবনা পুন্য লোয়রক্লুনা সর্গদগী তারকপদা মনিনগী মতৌগুম্না নোংদা তিন্দুনা লৈখি, নোংলা তারকপা অদুদা য়াওহ্নুনা চুথমিন্নরগা, মহৈ মরোং মরুদা চংখিহুনা, মহু চাখিবদা মচি ওইবা শরুকমা হকচাংদা শুক্র, হকচাংগা ময়োল মচি ওই; অদুগুম্না শুক্রদা জীবসু তিনখিহুনা মুপা ওইবদা লৈখি। ঁমহুনা মুপী ওইবগী রজস্বলা (ঋতু) গী মতমদা, থাও লৈবা মশিদা মৈগা শোকনবগা থাওমৈ ওইখিবগুম্না, অমরোমদগী শুক্রগা শোকনবদ মতম চানা (শোনিত) ঈদুগা তিনথিহ্নুনা, কোক্তদা লৈবা নাকথংগী শরুক্তা পুল্লগা। মুংশিংকী শরুক য়াওনা চিংশিনখিহ্নুনা, অকুপ্পা জাবগী পোংশক অমা ওইখি। মাদুনা গর্ভ ওই ‚মচা লৈফমদা (পিণ্ড) মতুম ,মচা অমা ওইনা লৈখি; মদুদা মথ. এবং অমুম অসুম ওয়না মৈ, ঈশিং, মুংশিং, লৈপাক, অমসুং অত্তিয়া মত্তাগী শরুকনা য়াওশিল্লকুনা পুল্লগা অপিকপা পিণ্ড, হায়বদি অকুপ্পা (শুম্ম) জীবনা লৈরিবা মশা অদু চাওথংলক্লুনা হকচাগী মচৌ অমা ওইখি। লিঙ্গ শারিবদি মশক উদে, জীবনি উরিবদী জিবসু উবা ফংদে মি য়েংদা উরিবদি পঞ্চভূতনা শানকইবা দেহে পাল্লকপা অদুতনা। গর্ভদা নাওয়োম্না কুয়োম ওইনা জীবা শাম্লবা হকচাংগী মওং অহ অসুং অমুম চাওথংলকই। মুমিং থা য়ামলকপগী মতুং ইন্না জ্ঞান পুন্নমক কংলক্লুনা রানা থাংহ্নুনা লৈখি, পোক্লকপদা গর্ভ পীরিবা অমসুং পুরিবা অনিগী শকুম অদু থম্না চংনবনা মথোয়গী শক মান্না পোক্লকই। মসিবু পোকপা হায়না থংনৈ, জিবনা দেহে পান্দুনা লৈরিবা মতমদা! তৌবা অক-কত্ত মহৈহু মানা চাই। জীবনা লৈরিবা য়ারিবমখৈ হকচাংবু ত্তিংলিবা হায়না কৌই, জীবনা হক্রচাংবু থাদোকলমখহুবু শিরবা হায়না কৌই। জীবদি মৈনা' খুংলাইমা, ঈশিংনচিংবনা শুকমাং মাংহনবা ভমদে। মৈ, ঈশিং, মুংশিংনচিংবনা য়াওরিবা হকচাংবু পঞ্চভুতাত্মা কৌই, (পরমানু) থোইদোকনা কুম্নবগী মশকনি জীবগী মত্তিক মত্তম্দদি অমদা প্রমান হায়নিংতাই লৈতবমখৈ কম্নবা, অদুগা পিকপা মুত্মদদি হায়নিঙাই অমুক লৈতনা কুপথিবনা করিওবা শক্তি অমতমসু উবা ওমত্রবা পোংশকনি। শিবা হায়নরিবা মিংমা উম্নিবা হকচাংবু থাদোকলমহুনা চংথিবদা প্রান থাদুবু পুহুনা, মানা তৌরবা পাপ নত্রগা পুন্যগা লোয়মনা মুংশিংমক্তনা শাবা হকচাংদা মপান্দগী মুংশিংতগী হেন্না য়াংনা চংখিহুনা, পুন্যগী ভোগ, মানা তৌবা থবকী মহৈ চাকরগা হন্নকখিবা পুন্যদগী ল্যাকপনা

অকবা মপোক্তা অমসুং পাপ্পগী লাকপদা — ফংজবা মপোক্তা ফংশ্রিবনি । মাতৌ পোকপা হায়নবা থাইনা খংনম্বিবশিনি । মী, শা, উচেক ভীল কাংন চৈবা কয়াগী মপোক পোকই, মাতুনা অহানবদা পৃথ্বীদা জীবনা পোক্লবদা তৌরম্বগী মহৈছ শিরগা ফিবনা শোয়দনা চাক্লগনি । মসি মতাগী ভোগনি. অসিবু ভাব তারবা ঋষিশিংনা সংসার জাম্বোকনবা হোংনরি । অষ্টকনা হায়রে মীওইবনা করম্বা থবক তৌরগা । করম্বা মহৈদা হায়রবদি জ্ঞান লৈবা, বিদ্যা হৈবা, তপস্যা তৌবা অমসুং পুন্য লোক ফংবা । চানবীতুনা ঐঙোন্দা হায়বিয়ু । অষ্টক, শিবি. বসু, প্রতর্দ্দন মরিমকনা হঙঙকইবা রাহং অসিবু তারগা অমুক হন্না মতিক চাওরবা যযাতিনা হায়খি,— লাইনিংবা ফংথোকপা, শান্তি ওইবা, ইন্দ্রিবু লাকশিনবা; ঈকায়খা থংবা, পুকচেল শেংবা, জীবৰ ঙমংশিবা; অসিগুম্বা তরেং অসিনা সর্গ ফংগদবা মরু ওইবা থৎলাইনি । মসিবু খংদতনা অপাবা জ্ঞানা কুপ্পথতনা, নাপগা মশাবু মাংহল্লি । যজ্ঞ, দান, তপ, (অধ্যয়ন) লাইরিক য়েংবা তমনা জীবগী অরান খুবমনি, অহংদা নাপনগা লোয়নখ্রবদি শাংবা ওইরে । নিংবতনা ফংদবা, থোরককম খংহ্রবা অবোইবসু নাইহ্রবা, পুন্নমক্কী চংনবম ওইবা পরং ব্রহ্মাবু নিংবতনা হন্দক্কী মপোক অমসুং তুরেংঅমুক্কী মপোক অনিমক্তা শান্তি পাগনি । সন্ন্যাসী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ, অমসুং ব্রহ্মচারীনা গুরুগী য়াথং তাকপা চোকশিনবা পুক্নিং তম্না, রাহৈ ফংবনা নিংজবা থবক পাংথোক্লনি । গৃহস্থনা অচুম্বা ধর্ম্ম তাক্লবা যাগ্য যজ্ঞ তৌগনি, দান অমসুং অতিথি সেবা তৌগনি; মীগী মপোং নমহনা লোরোইদোবনি । মন শেংনা ঈশ্বরবু নিংগনি, অসিগুম্বা লমচৎনা গৃহস্থ ধর্ম্ম চৎপশিংগী সিদ্ধি ওইগনি । গৃহস্থ ধর্ম্মদা লৈরগা পুকনিং লাকাশন্দুনা অচুম্বা থবক তৌবা সেবা তৌবা ফিবৰ ঙমংশিবা ঐগী আত্মাগা চপ মান্নবা থনবা কনাবুসু য়েক্লদবা ঈশ্বর নিংবা অসি মী অথোইবনি । বানপ্রস্থ — মশানা থিজবা উংহ রাহৈনা মাগী তিংনবা ওইব, পাপকী থবক থাদোকথরবা, মাগী মী নত্তবদা দান তৌবা অমসুং পেনহনবা তুম্বা, হিম্না, চাবা থকপা পুৎমক মতম নাইবা অসিনা সিদ্ধ ওইগনি । লাইনিংলগী কয়াথোক্তা ধর্ম্মশাস্ত্রনা লেপ্পীবা ঈশ্বর ফংনবা তাক্লনি পুন্নরক আসদগী গৃহস্থ ধর্ম্মদা লৈরগা নিংজবা বৈষ্ণবনা হেল্লি "ভিক্ষুক সন্ন্যাসী না" থবক শূরোইদোবনি, থোক্তাগ হৈবা, ঙমংশি হৈবনা মাগী মগুন ওয়গনি । ইন্দ্রি খুৎম চনগনি, বিষয়গী ভোগ থাদোকান করিগুম্বদসু মীগী মমুমদা হিপলোইদোবনি অমসুং কিঙোন য়ামনা থোমজিন্দবা, চৎপদা মী লোইনদবা অমুমনা ঈশ্বরবু নিংলবদি সিদ্ধ ওইগনি । হায়খ্রিবা লাইনিং ধর্ম্ম খুদিং অসি মশাতগী নত্তনা পুরণ কয়া লান্থগী রা হায়গে বান প্রস্থদা হায়খ্রবা মীওই অহ ওইবা ঙমলবদা ইন্দ্রি লাকশিবা পুকচেল অমত্তা চোয়দবা ওইনা হবিবু নিংবনা থকলোমদগী হায়রবদি হান্নদগী ওইখ্রবা পুরুষ পুরোণ তরা; থাদগী হায়বনি তুংদা ওইরক্লদবা তরা অমসুং মশাগা কুনখাথোইবু লেপ্পমক অরামবা থুবম ফংহনবা ঙমই । ধর্ম্মদি সত্য হায়বা পোৎশকনি; মাংবা লৈত্রবা অয়েক্লা ধর্ম্মবু রুহে তাক্লকইবা অহুবু অচুম্বা ধর্ম্মনি । অষ্টকনা হায় — অসিদগী অমুক তাথখিবদা যযাতি মহাক্না কুরম

তৌরুপদগে? যযাতিনা: খুমই, ঐদি পুন্য লোইখরে. ময়রিক মশক ওইখ্রে॥ পৃথীবীদা রাজ ওইবা বীর্য্যদা তিন্নগা অমুক পাপকী (বাণীগী) খোংদা চংহুনা হায়বদি পোককমদা গর্ভাশ্রয়দা লৈরগা মমা ওইদোরিবা জাং অহুগী মওং মতৌ মকুংইন্না মখোংময় পানবা। অমি পানবা, মপোক কন্না কন্না ফংলুরগা অহুওন্না মপোক কন্নাদা তাম্থৎচরগা মীগী মপোক ফংগনি। মা মপোক ফংরিঙৈ মথক্কী মপোক্কা কন্নগা হক্সিন হক্সিম অছুম লৈন্নুনা মীওইবা ওমদে। মীওইরক্রবদি পুন্য তান্নগা সর্গ ফংগদবনি হায়না নিংই, অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি প্রেমদা মুধওইবা ওরবদি, পোক্ল শির সংসারসি লাখোকপা ওন্মী। অইক্না হংই— সংসারগী অমমবা মরক্কী কমদৌনা লাকগনি। যযাতিনা খুমই— মাংদি যজ্ঞ, হোম ব্রত তৌবা, অতিথি সেবা, গুরু, সাধু, বৈষ্ণব, সেবানা; ব্রাহ্মণদা অর্মদি তৌন্নবা জীবগী মফমদা দান তৌবা; ইন্দ্রি খুদুম চনবা, অরেপ্পা রা ওাংবা, মীমু মুংশিহৈবা ভাকপীহৈবা, মীয়োক মীচাম ফবা, তপ্পা, শাওবিদবা ওন্বা, হিংসা তৌদবা, কংথোকপা। অমুন্না লাইনিংবনা নরক্কগী লানগনি। মতাং অসিদা রারী শাবা লোয়রসি। ইক্সগী মরদগী ঐহাক্না সাধু মহাত্মা নখোয়গা উনবা অমসুং রারী শাজবা কংলরিবনি। ঐদি পুন্য লোইখরবনিমা পৃথীদা কুমগা পুন্য অমুক ভাঞ্জরখিগে। অস্টকা হাঙ্গী— মহারাজদগী অচেৎপা (তত্ত) কয়ামকম ভাজরে, মকম অসিদা ঐখোইগা মতম কয়ামুক লৈমিন্নখিসি। যযাতিনা হাঙ্গী— ঐডোন্দা পুন্যলৈত্রে; লোইথরে মরম অহুনা নখোইগুন্না পুন্য চেনবগী মফমদা লৈবগী পাঙল লৈত্রবনি তৌইগুম্সুং ইন্দ্রদা হায়জফবদা মাহাকী খোজান্দগী নখোইগী শাক্কা পুন্যগী লমদা পনবা ফংজবনি। যযাতিগী রাঅসি তাবদা অষ্ট, শিবি, বসুমান, প্রতর্দন মরিমক্না নিংখোদা হায়রকই— ঐখোয়গী .পুন্য লৈরমগনি নিংই, মসি লৌবিরগা সর্গদা কাবীরু। যযাতিনা ঐদি মীগী মপোং অরেপ্পদা লৌনিংদে। অৱীকপা মীদি মাগীনা পীথোকনিংদে, মীগীনা লৌনিংই; মগুণ লৈবা মীদি অরেপ্পদ পোং পামদে, মীওোন্দদি লেন্না পিথোকপা (দান) তৌবা পামই। মরম অদুনা মখোইদগী পুন্যবু ঐনা লৌনিংদে। মগুণ লৈবা মীগী লমচংপু ঐনা ওমজনিংই মরম অসিনা নখোইদগী পুন্য লেমনা লৌনিংদে। শিবিনা হাঙ্গী— মহারাজনা চিংনবীরবসু মাপীনা মমল ওইনা পিন্নগা পুন্য লৈবিয়ু। যযাতিনা খুমই— মহুদি অওাং শান্নবগুমই. নাপীনবু পুন্য লৈবা হোনদে জগৎনা তাবগা নোক্নখিগনি। রা অসি তাবদা অস্টক, শিবি, বসুমান, প্রতর্দ্দন মরিনা হায়রৈ ঐখোই মরিমক্কী পুন্যদি মখ শেংনা মহারাজদা কৎথোকচরে, তৌইগুম্সুং অসি য়েৌনা হাইজবদা য়াবিরবদি মহাকপু থাদোকপদি ওম্নরোই। থুংথক এহুম গুদ ককরবা বগ মচা থুংলরে, মরিমক্না হায় হেনিংবৌ সর্গদগী থাদক্লবা রথনি অমদা তোংথংলো ঐখোয়গা লোয়ননা সর্গদা চৎলসি যযাতিনা ফরে হৌজিক্কি ঐ তাব তায়ে নখোই অসি ইচা নিওোপা পোকপা ইগু ডাক্সি, সর্গগা লম্বী উরমদবা ডাক্স উরে হায়রমলগা যযাতি রথ অমদা তোংথৎথি অমসুং মবিনু বথদা তোংলগা সর্গ পাংনা কাখৎখিন্ন মতম অদুদা শিবিনা থ্বায়গী মা থাখিরমই। শিবিনা থ্বায়গী মাংখখিবা মখোয়না মাং থাবিংলবসু বিমান থোরীবা লাঙ্গগী চুংনা

ৱাদচুনা তুংদা থংবচুদা, অন্তুৱা যযাতিদা হংখি— ঐনা মাং থাম্লিংবনি মৱমদি থেংনৱকখদবা ইন্দ্র অহূ ঐগদি চান্নৱম্বা মৱূপদিং উশিনৱগী মচা শিবিনা মংদা থাখিবসি কৱিননো? যযাতিনা খুমখি, শিবিদি মানা মিংথৌ ওইৱিডৈদা হাইনিংঙাই লৈতনা দান কৈ। ধৰ্ম্ম, কৰ্ম্ম, তীৰ্থ স্নান যজ্ঞ, হোম জপ, তৌই। থৌজাম লৈবা, তাকপি লৈবা, পীনলৈবা অমসুং সত্য লৈবা অমনি॥ মীগী উপাই তৌবদগ্ম মীওোদ্দগী থোইদোকপা অমনি, দান তৌবদা মপা লৈত্তে মওোন্দা মিতত্ত্ব মিৱবদি মাগী শৱূক শুকথাক থাত্তচুনা মথৱাই কাওবা কংথোকপা ওবা মগুম্না মওোন্দা লৈ, মৱম অদুনা স্বৰ্গ কাবদা মহাক্না খ্বাইগী মাংদা থাৱিবনি। যযাতিগী ৱাহাৱ অসী তাৱগা অস্তুৱা অমুক হায়ৱকই, হে- মহাত্মা সাধু যযাতি নিংথৌ, নত্তম পুন্নমক্তা মক ওইনা সাধু মহাত্মাশিংনা সত্য (অচুম্বতম্ব) ইফাই খুমলৈ, সত্যনা অৱেপ্পা ধৰ্ম্মনি হায়বা তত্ত্ব উযদৰ্শনী মচা প্ৰতৰ্দ্দন্দা ঐনা মমাংলৈদা হায়খৱে। অসিগুম্বা অচেৎপা ৱা অসি নথোই ঐথোইনা তাংনৱিবসিবু চুম্না লৌদুনা তাৱিবা মহাক অহূ ঐথোইগুমনা স্বৰ্গ কংবা শোয়দনা ওইগনি। মৱম অসিনা শাস্ত্ৰনা সাধু সঙ্গ তৌগনি সৎসঙ্গনা মীওইবগী অথোইবনি, ফত্তবা মীপা তিৱথোইদবনি। মতাং অসি য়োৱকপদা ৱাৱী লৌৱিবা "বৈশম্পায়ন" মা জন্মেজয়দা হায়খি তাৱো মহাৱাজ! পুৰুৱেল চাওৱবা যযাতিগী মিংচৎনা মৱোন অহুমক্তা শন্দোক্লমলগা অমুক হন্না নিঙোন্না পোকপা মতুশিংগী পুন্যগা মতুশিংবু উদ্ধাৱ তৌবা ওইনা যযাতিনা স্বৰ্গদা ৱথ তোংদুনা কাখি। যযাতিগী ৱাৱী অসি "অমৃতগুমনি তাবদা পাপ কোকুনা স্বৰ্গগী সুখ ফজদবা মতাংনি, মতাং অসিবু তাজবদা পুৱিংগী অমকপা কোকুনা শেংদোকপা অমসুং পুন্য ফজদবা ওই। শ্ৰীব্যাস মুনিগী বাক্যনি। ইতি॥

সাহিত্য সেবা পম্বীৱম্বা কথা বাচক পণ্ডিত শ্ৰী৺কাহ্নাই শৰ্ম্মনা মীতৈলোন্দা ইবিৱম্বা ৱাৱী শৈৱেং শৱূক অধ্যায় মতাং অসিদা লোইৱে অৱানবা কয়া বৈষ্ণব সমাজনা তাকপীগনি। ইতি। হৱিবোল হৱিবোল॥

সম্পাদম— হৱিদাস সিংহ।

---

## অধ্যায়:—

# চন্দ্ৰ বংশ শন্দোক্লকপগী ৱাৱী মতাং।

অধ্যায় অসিদগী শ্ৰী৺মোইৱাংথেম জৰ্ম্ম সিংহ, ৱাৱীলিবা পণ্ডিতনা ইবিৱম্বা ৱাৱীগী শৈৱেং হৌজৱে। সাহিত্য সেবা পাম্বীৱম্বা স্বৰ্গিয় ওঝাশিঙ্গি পৱিবদনা লেবা কচ্ছবনি আত্মা শান্তি ওইবীসৱু।

সৌনকনচিংবা মুনি মৱামা হওডী, হে-উগ্ৰশ্ৰবা পুৰু শাগৈগী ৱাৱী লিয়ু; কমদৌনা পুৰুগী বংশনা ছন্দোকখিবগে। সৌতিনা হায়ৈজ তাবিয়ু ব্ৰহ্ম সভা; মহাভাৱত লৌৱিবা বৈশম্পায়ন মুনিগী মকমদা? ৱাৱী তাৱিবা জন্মেজয় নিংথৌনা হওকৈ। মহামুনি চন্দ্ৰবংশ ছন্দোকখিবগী ৱাৱী লিখিয়ু।

বৈশম্পায়না হায়রকই তাম্নো মহারাজ। যযাতিনা স্বর্গ কংখরবদা, মচানিপা অহল যদুনা যদুবংশ ছন্দোকখি। তুর্বসুনা হরিবর্ষ থওদা নিংথৌ ওইদুনা পালি; মপাগী শাগুগী মচা পোক্লদুনা, চহি চাম্মা যজ্ঞ তৌবদগী লক্ষ্মী নরায়ণগী থারাবু মচাওইনা ফংজদুনা; হৈহয়বংশ ছন্দোকখি। দ্রুহ্যদগী ভোজ বংশ ছন্দোকখি, অনুদগী পোক্লকপা থারানা; ম্লেছ যবনগী শাগৈ ছন্দোকখি। ব্রহ্মাদগী অত্ররন চন্দ্র — বুধ — পুরুরবা — নহুষ — যযাতি — পুরু মথং মথং পোকই পুরুগী থারানা পৌরব শাগৈ ছন্দোক্লকই; পুরুগী মহারাণীনা পৌষ্ঠী কৌই, মচানিপা অহুম পোকই, মচা অহনগী মমিংন প্রবিন কৌই। পুরুদি তপ, জপ, যজ্ঞ ব্রত, দান ধর্ম্মদা পৃথীবীদা অথোইবা অমনি। মরম অদুদগী পৌরবা বংশ কৌনখি। চন্দ্রবংশ ছন্দোক্লকপগী রারীদি ব্রহ্মানা মরিচ পোকই মরিচনা কাশ্যপ পোকই কাশ্যপ — সূর্য্য মনু — সুষেন — প্রবেন - যৌবিনাশ মন্ধাতা - মচুকুণ্ড — পৃথ — ঈক্ষাকু — ইলা মথং মথং অসি পোকথরকই। ইলাগী গর্ভদা বুধগী ঔরসদগী পুরুরবা পোকই; মতাং অসি য়ৌরকপদা জন্মেজয় নিংথৌনা হংখী। মহারনি সূর্য্য বংশদগী, চন্দ্রবংশ তারকইবা করিগীনো? তাবদা চিংনরে শুগাইনা লাবিয়ু। বৈশম্পায়ন হায়রকই হে নিংখৌ সূর্য্যবংশগী ঈক্ষাকুগী মচা ইলানিংথৌনা। নোংমা বন্দা লিকুং তেন্থোং পাইদুনা মথন্দা মৃগয়া চংলি।

চৈত্ররথ কৌবা বন্দা শিব দুর্গা! বশন্ত ক্রিড়া রসদা পুক্রিং চংদুনা লৈরি; দুর্গানা অলঙ্কার য়াংদনা, মবুঙো মহাদেবগী থোগল্লিডে মতমদা। ইলা নিংথৌনা শক্তি থিবা লাকপদা বন্দুগী মনুংদা চঙঙক্লে, ইলা নিংথৌনা চঙংকপদু উবদা! দুর্গানা ইকাইরদগী শাওখিদুনা। শাপ তৌরকই। হে ইলা নিংথৌ নংনা সেবা ভঙ্গ ওইহনবগী দোষনা; হৌজিকমক নুপী ওল্লে। কায়-রমগা। শিবদুর্গা মাংথোকখরে। দেবীগী শাপ্পুগী ইলা খুদক অতুদা ফজরবী নুপী অমা ওইখরে; ইকাইখিদুনা মরৈবাক্তা হন্দনা। বন্দা অহুম লৈরে। মতম অদুদা চন্দ্রদেবগী মচানিপা বুধনা, শক্তি তামবা লাকপদা ইলাবু থেংনরে; মশক মতো ফজরবা ইলাবু পুবক্লুনা মহারাণী হাপল্লে; ইলাগী গর্ভদা বুধগী ঔরসনা গর্ভ পুল্লুনা। মচানিপা অন লৈবা অমা পোক্লে। মচাদুগী মমিংনা পুরুরবা কৌই, পুরুরবাগী ঔরসদগী উর্ব্বশীগী গর্ভদা নহুষ পোকই। রারী অসি তাবদা জন্মে-জয়না অমুক হংজরকই; মুনিদেব ইলানা ফঙঙীবা দযা অদু কমদোখিবগে? অমুক্তা লিবিথো। জন্মেজয়গী রাহং অসি তারবদা, বৈশম্পায়ন মুনিনা অমুক লিরকই। তারো মহারাজ ইলানা মুক্ত ওইখিবা অদুবু হায়রগে। পুরুরবা পোক্লবা তুংদা নোংমা ইলানা দুর্গাগী শাপ্পুগী নুপী ওল্লকপগী থোথোক অসিবু; ঈশ্বরগী থৌজান্দগা লোইনা নিংশিংলক্লে। দুর্গাগী শাপপু নিংশিং-লক্লবদা। ইলানা বুধ নিংথৌগী মকমদা হায়জরকই, মহারাজ ঐ অসি সূর্য্য বংশগী ইক্ষাকু নিংথৌগী মচা, অযোধ্যাদা পানবা ইলা নিংথৌনি। ঐনা নোংমা চৈত্ররথ বন্দা শক্তি তামবা চংলুই; অদুদা হর গৌরি অনিনা শৃঙ্গার রসবু আস্বাদন তৌরম্মী। ঐবু উবদা দুর্গানা শাওখিদুনা নুপী ওল্লো হায়না শাপ তৌরমলগা। অন্তর্ধান ওইখিদুনা শাপান্তোক নিহৌত্রে। মরম অদুনা

ঐনা সুপীওইদুনা মহারাজগী রাণী ওইরিবনি, অসিবু ঙসিদা ঈশ্বরগী থৌজালগী নিংশিংজরে মহারাজনা ঐগী দবা অসিবু কোকবা উপায় অমুক্তা তৌরায়ু? রা অসি তাবদা বুধ নিংথৌনা, কুলাচার্য্যগী মফমদা মবম লোইনা হংংলি। কুলাচার্য্য ব্রাহ্মণা হায়রকই, মহারাজা ইলাগী দবা কোকবগীদমক যজ্ঞ তৌ, যজ্ঞেশ্বরগী কৃপা লৈরবদি, সৌইদনা ইলানা হায়গী খুবম কংগনি। কুলাচার্য্যগী পাওজাক লৌজদুনা ইলা অমস্তং বুধ অনিনা। চহি অমা যজ্ঞ কংপদ'। যজ্ঞেশ্বর শ্রীহরিগী কৃপানা, দুর্গাগী শাপ্না লোইখিদুনা হায়গী "পুরুযস্ত" নিপাগী মশক, শক্তি পুন্নমক হজিনখি। ইলাগী অরাবা দয় পুন্নমক কোক্নুনা বুধ নিংথৌবু বিদায় তৌবমগা রাজ বেশ শেত্নুনা রথ মথক্তা খুমুখুলাই হিরা মণিমুক্তা সনা, রুপা, কয়ামুক হাপকংলগা। তেংজোন লাম্মী থরা লোইনদুনা অযোধ্যা লৈবাক্তা কল্লক্লে। অযোধ্যাদা রাজ সিংহাসন ফমদুনা; প্রজাবু পালন তৌরকই, যজ্ঞ যাগ্য দান ধর্ম্ম করা-কর্থখ। ইলান ভূথর পোকই' ভূথরনা খণ্ড -- দণ্ড — রহিত — হরিবিজ — হবিচন্দ্র — কহিদাস, মথং মথং সুর্য্যবংশ পোকথখি। হৌজিক চন্দ্রবংশগী মথং মথং পোক্লকপবু লিবক্লগে বুধনা -- পুরুরবা - নহুষ — যযাতি — পুরু — প্রবির — হংশমন — মতিনার — দংসু — ইলিল — দুষ্মন্ত — ভরত - ভুমন্য — সুহোত্র — হস্তি পোকই। হস্তি নিংথৌগী মগুন্না চাওনা পানখিবদগী, লৈবাক অসিবু বিজয়া নগর কৌরম্বদগী; হস্তিনা নগর কৌনখি। হস্তিনা আজমিঢ আজমিঢনা সম্বরম পোকই সম্বরন্না সুমিংকী মচানুপী তপতীগী গর্ভদা কুরু পোকই, কুরু নিংথৌগী হাকক্তা পুন্য ভুমী কুরু-ক্ষেত্র শেমখি কুরু নিংথৌগী মিংচংনা জগত শিন্দুংনা ফাওখি, মনম অদুদগী ভরতবংশ কৌরম্বদগী অমক কুরুবংশ কৌনরে। কুরুনা মহারাজগা মিংমান্নবা জন্মেজয় পোকখি, জন্মেজয়না ধৃতরাষ্ট্র কৌবা অমস্তু পোকখি। ধৃতরাষ্ট্রনা প্রতিপ পোকই, প্রতিপনা দেবাপি, শান্তনু, বাহ্লিক মচা নিপা অহুম পোকই, দেবাপি মহা ওইনা সন্ন্যাস ওইদুনা বন্দা লাইমিখি। শান্তনুনা হস্তিনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পানবলা। গঙ্গাগী গর্ভদা বসুমা বশিষ্ঠ মুনিগী শাপগী; ভীষ্ম ওইনা পোকই। ভীষ্মনা সত্যবতী মমাগী হাকক্তা। রাশকখিদুনা নিংথৌ ওইখিদরে। সত্যবতীগী গর্ভদা চিত্রাঙ্গদা, বিচিত্রবির্য, পোকই, চিত্রাঙ্গদনা চিত্ররথগী মখুদা, লানফমদা শিখি। বিচিত্র-বির্য্যনা নিংথৌ অমুক ওইদুনা পাল্লি, মগা ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ডু বিদুর অহুম পোকই। ধৃতরাষ্ট্রনা গন্ধারীগী গর্ভদা দুর্য্যধনচিংবা মচানিপা চামা; নিঙোন দুশল্যা কৌবী অমগা পোকই; দাসী-মীগী গর্ভদা যুযুংসু পোকই। পাণ্ডুরাজগী মচানা কুন্তীগী গর্ভদা। যুধিষ্টির, ভীমসেন, অর্জ্জুন, মাদ্রীগী গর্ভদা নকুল, সহদেব মঙা অসি পোকই। অর্জ্জুনগী মচানা সুভদ্রাগী গর্ভদা, অভিমন্যু পোকই; অভিমন্যুনা পরিক্ষিত পোকই, পরিক্ষিতনা ইরাবতীগী গর্ভদা জন্মেজয় মহাক পোকই। চন্দ্রবংশ ছন্দোক্লকপগী রাজাবু ঐনা মথং মথং লিবক্লবনি; মহারাজা হৌজিক হংনিবা করি লৈরি হৌজিক মহারাজ জন্মেজয় মহাক্না, মহাভারত পুরাণবু তাররিবা অসিনি। ঐনা নঙোন্দা থা কৌবা লাইদগী পোকথরকপা শাগৈনি হায়দুনা চন্দ্রবংশ কৌবা, শাগৈগী মথং মথং পোকথরকপা পরেংবু

শমহুল্লা লিরবা অমিরি। অদুগা বৈশম্পায়ন মুনিনা লিরকপা, ৱারী অসিবু তাবদা জন্মেজয় নিংথৌনা খুং জানা থোক্লদুনা হাযুজরকই। মহামুনি শান্তনু নিংথৌগী মহারাণীবু, পতীত পাবনী ওইরবা ভাগীরথী গঙ্গানা ওইখি হায়রবসি তাজবদা ঐগী থবোয়রদা চিংনবা অমা ওইরে। করি মথমগী গঙ্গানা মীওইবদা ওক্তরিবনো? মরম অসি ওগাইনা মুনিদেবনা চানবীদুনা, পংলবা জন্মেজয় ঐথোক্পা লিরিবু। অমসুং বসু কোবা লাইনা করি দোষ লৌশিনখিদুনা। পৃথীদা মীও বা মপোক্লা ভীষ্ম ওইনা পাক্রিবা? ভ অমনা ব্রহ্মচার্য্য ওইদুনা লৈখিবা? মরম পুম্নমক তাজনিংই। অদুগা জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই মহামুনি, মহাভারতকী ৱারীবু, মথং মথং মপুংফানা লিবীবু চিথদনা তাজগে। অসিগুম্বা মহাভারত অসিবু, পরাশর মুনিগী মচা শ্রীব্যাস মুনিনা, শ্লোক লিশিং চামানা লেংখ্রবা মহাভারতনী। মাসিবু কবি কয়ানা ছন্দোক্লা লৈংথোকখিদুনা; মহাভারত মশীং কয়ামুক থোক্লা পৃথীদা শিন্দুংবা লৈখি। মীওইবনা তাজবদা কলিগী অচৌবা পাপকি মপৈবু কোকুনা শিরবা মতমদা যমগী যাতনা কোক্লগা; স্বর্গগী সুখভোগপু লেপ্পা ফংওই। মসিবু বেদ-ব্যাসনা ইরমলবা বেদ বাক্যনি, মাসিমক মীতৈ সাহিত্য চাওখৎপা পাম্বদগী, মণিপুর পৌরানিক পণ্ডিতনা তাকপিবা য়াথং মতুংইন্না পাংজরবা শ্রী৺জর্ম্মসিংহনা মতাং অসিবু মাতৃভাষা মীতৈ ইমালোন্দা ইঙ্গারবনী অয়ানবা অকাইবা কয়াবু বৈষ্ণব সমাজনা ভাকপীগনি নিংথৈ। মতাং অসিদা চন্দ্রবংশগী পুরুণ শম্মনা লিরকপা ৱারী মতাং অমা লোইরে॥ শ্রীমহাভারত পুরাণবু অমসুং শ্রীগুরুদেববু, শ্রীহরিবু, শ্রী৺জর্ম্ম সিংহনা নোংলুক্লা খুরুমজে ইতি॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

## অধ্যায়ঃ--

## গঙ্গা - শান্তনু - ভীষ্মগী ৱারী অমসুং সত্যবতী লুহোংবা —

### ৱারী মতাং।

শৌনকনচিংবা মুনি মযাম্না হংজকই হে উগ্রশর্ব্বা সৌতি, ৱাবী তাবিবা জন্মেজয় নিংথৌমা, ৱারী লীরিবা মুনিদা হংখিবা। মুনিদেবগী ৱাবী তাবদা অওকপা চিংনবা অমা লৈরে। মতৌ করমতৌনা লাইওইবনী গঙ্গাদেবীনা, ঐখোয়গী শাগৈগী ইবেম্মা ওইরম্বগে লিবিবু হায়জরবদা। বৈশম্পায়না লিরকপা ৱারী অদু ঐখোয়দা নংনা চিথদনা লিয়? মুনিশিংগী ৱা তারবদা সৌতিনা হায়রে পাবিবু মুনিসভা। বৈশম্পায়ন মুনিনা হাযখি তাও মহারাজ মাতুগী ৱরমদি অসিনি ঃ—

মমাংগীদা অযোধ্যাদা পাল্লমবা সূর্য্য বংশ মচা ইক্ষাকু তায়মা কোবা নিংথৌরেন অহুগী মচা-হাভিষ" ক্ৰোরবা চাওরবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী। মহাশক্তি দান তৌবদা, মাগুম্না লৈতে হায়বা য়াই, মতম অদুগী কন্যাগুম্না মীনা মতৌ তম্বা ওয়রোইদোবা; নিংথৌ অমা ওইরমই। অচুম্বা ৱা

চাবা অমস্মুং প্রজা অশোপ অনা থোংতেক মিংতাংবমচিংবগু মচাদগী হেন্না লুনা তৌই। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব, অহল লমন, গুরুজনগু লুনা তৌই, অসিতা শন্তনা অশ্বমেধ যজ্ঞশিচিংবা মথল করানরক্তু মহাক্না তৌথি। মহাক্না তৌজবা অফবা কর্ম্মশিং অচুগী মহৈতনা ফংতমক্রবা "ব্রহ্মলোক" কৌবা ব্রহ্মাগী কোমুংদা কাথি অমস্মুং ব্রহ্মাগী সভাতিনবদা নিতিগী মাওহুনা নাম প্রবন ৌথরে।

মহাভিষ নিংথৌ অসি লাইমক্না বেব্যহার তৌরবা; মীগী মপোকপী থোইদোক্না গুণ চেন্নবা; মামা তাক্লকপা পুন্যক্না কণ্ডরিবগী। ব্রহ্মানা সভা ময়াইদা থম্বালগী আসন্দা ফমই, অচুগী অকোয়বদা দেব, ঋষি, মুণি, দক্ষ অমস্মুং শোরারেলচিংবা দেব বর্গনা কোইশিন্নুনা তিন্নবা সভাদা মহাকস্মু মহুদা য়াওগ্নবা নিংথৌ অমনি। নোংমনি মফম অদুদা গঙ্গা দেবীনা লাক্লমই, সভা মমাংদা মুংশিংনা ঈবম্মগী কিজেং লৈজেংবু হুমদোকপদা, মতিক মগুণ চাওরবা সভা অদু পুন্নমক্না মক লুকথখি। মগাভিষদি মূকথদে গঙ্গাগী ফজগ্নবা শক অদু উবদা মিংকম হোংবা লৈতনা য়েংনমই, নিংথৌ অদুস্মু মুপা মরক্তগীদি কজবা শকনি, মরম অদুনা গঙ্গানস্মু মহাভিষদা মিংচিন্না লৈশিন লৈশিন্নুনা য়েংই। অস্তুন্না মথোই অনি পুক্লিং চংনা অপাম্বা পোকপা মতৌ উবদা।! ব্রহ্মানা শাওহুনা মথোই অনিদি মীগী মচংনি, ব্রহ্মালোকা মাহ য়াদে পৃথীবীদা মী ওইনা পোক্লরো; অদুগা পুন্যগী মহৈ লৈজরগা। অমুক হন্না মফম অসি ফংবা ওইজো হায়রে। অহানবদা নিংথৌমংনা য়োংওইয়ু মথংদা মীওইয়ু, নংনা গঙ্গাদা প্রেম লৈরুবদো মহাদেব নিংউ, শিবগী থৌজানগী গঙ্গা ফওহ, গঙ্গাগী লোনমমদগী য়োং শিয়ু। অদুগা মী ওইনা নিংথৌগী মচা ওইরগা রাজপদবী ফংহুনা গঙ্গানা রাণী ওইনা পাল্লু। অসি হায়রম্লগা ব্রহ্মাস্মু সভাদগী হনখ্রে অমস্মুং পুন্নমকস্মু নিজস্থানদা হন্নখ্রে। গঙ্গা দেবী মমাই ন্যংশিন্নুনা চিন্তাগী পোংলুন্না মকোক্তা নন্দুনা ব্রহ্মলোকপী অদুম লাকপদা। লমখাংদা গঙ্গামাগুন্না দবা ফংলবা কাবু উমরে। ব্রহ্ম শাপ লেন্না মাংবা য়াদে, মহাভিষদো ব্রহ্মলোকপী কুমথখ্রে। মতম অদুদা গঙ্গানা লাকপদা লম্বেলদা অস্তবস্মু লাই মিপাজনা য়ান্না মথরাই কুওইতহনা লৈরবা উনরুহনা গঙ্গানা হংখি ?. বস্মুনা থুমখি, ইমা ঐথোইনা য়াবিবগী মরমদি নোংমা ভার্য্যাশিংগ লোইননা স্বর্গীং চৌংথোংদা লম কোয়রকন্দা স্নপী য়াদগী পৃথীবীদা তাংলবা কা ধেনু কৌবী বশিষ্ঠ মুণিগী মণবু ফারুরে। মুণনা ধ্যান তৌবদা খংলহুনা ঐগী মণ ফাহুনা পুখিব্রা নথোক নিপানদি তাইবংমী ওইনা পোক্লরো হায়না শাপ তৌখিবে। মহ্ তাহুনা মা পুশিন্নগা শাপ কাকপিয়ু হায়জক্লবদস্মু কোক পিদ্রে তৌইগুদস্মু পৌজানখিহুনা হায়খিখি। নথোয়না মী ওইবা পামরবদি শাপকী শক্লবা ওইনা চহি খুদিগী অমমম্ ওইনা পোকউ, পোকপগা হেক-হেক শিবা ওইহুন পোককচো। অদুগা ঐগী মণবু খুংথেংনদা ফাবা বস্মু অতোপ্পা অসিমদি পোক্লগা কুইনা মী ওহহুনা সংসাবদা অগাওবা অমা ওইনা লৈরগা শিনিংবা কান্দা শিরকউ হায়রক্লে। অদুগা ইমাগঙ্গানা লাকপদা মাইথোং লাংশন্না উই? অন্নাবা করম্বা ফংবা লৈরবগে, এথোইদা তাকপিয়ু।

গঙ্গানা হায়খি, ঐস্তু শাপনা মতম থরদি মীওইনা লৈরুগনি; অদুনা রারিবনি, । বশুনা হায়ে, অদু ওইরবদি ইমাগী গর্ভদা পোকচগে. পোকপগা কুইনা লৈহনবিগনু ইমাগী গর্ভ মনুং উপিংদা শিননবা থাদবিয়ু । ম'ওইবা মরক্তা লৈনিংদে ॥ গঙ্গানা করে ইবুংঙো মতম ঙাইহুনা লৈরে; হায়রম্লগা চৎনখ্রে। বসু নিপালসু মযুম লাইগী লৈপাক য়োরক্লে । বসু নিপাল গঙ্গা দেবী, মতম ঙাইহুনা লৈনখি। শৌনকনা হায়বকই হে-সৌতি ব্রহ্মশাপনা লৈবা য়াদহুনা পৃথীদা লৈথখ্রবা মহাভিষ নিংথৌনা য়োংগী মপোক ফংখিবা লিয়ু । সৌতিনা হায়রক্লে তাবিয়ু মহামুনি, মহাভারত শ্রবন তৌরিবা শ্রীজন্মেজয়না হংক্লে? মহামুনি, মহাভিষনা কমদৌনা য়োংগী মপোক ওইরগা; শান্তনু ওইহনা পোক্রকপা কমদৌনা? পতিত পাবনী গঙ্গাবু ফংবগে, অমসুং প্র-পিতা মহো ভীস্মনা ব্রহ্মচারি ওইখিবগী রারা লিবিয়ু ঙাজনিংই ।

মুনিনা লীরকই—তাবিয়ু মহারাজবু মথং মনাও লীজবক্লে। ব্রহ্মাগী শাপ্তগী মহাভিষ অদু য়োং ওইহুনা চৎখ্রে, মমিংনা "কপিহরি" হায়না কৌথবে অমসুং "হরি কপি" হায়নসু খংনৈ। মহাক্না শুক্রবা বন্দা লৈরগা গঙ্গা মপান্দা মহাদেব নিংখি। মহাদেবনা মুংশিবিহুনা লেংবিরক্লগা মংনা পান্বা নিক্ষৌ হায়বিখে । য়োংনা হায়রক্লে গঙ্গাবু ঐগী মুপী ওইহনগে হায়বগী বর নিরক্লে, অদু তাবদা মহাদেবনা নোক্লংবদা লোইখে ; অদুম ওইনমক মনাইগা নিংবা থুংহন্নিংহনা, হয়েং মকম অসিদা উনরসি, হায়রগা হন্নরে । মহাদেবন ব্রহ্মাগী শাপ লৈবে খংলহুনা ব্রহ্মাগী শাপ কাইদনবা শিল্লগে থনখি অমসুং মনাইগী নিজবা বর থুংহনগে খল্লি । মথংগী অমিংতা য়োংনা হান্নদা ঙাইহুনা লৈরমই, শিবসু মনাই দুর্গাগা যঙ্গা তোংহুনা পাকপরে । গঙ্গাগী গর্ভদা (স্নান) ইকজবা কুমথখ্রে, স্নান লোইরহুনা কাথংলকপদা। হরি কপিনা মহাদেবগী খুদা থোগল তৌহুন। লৈখ্রে। গঙ্গাগা দুর্গাগা স্নানদগী কাখংলকপদা ! য়েংশিংতা মহাদেবনা ইঙ্গিং পিহুনা গঙ্গাগী ফি হুমদোহনখে। অদুদা মহাদেবনা গঙ্গাবু শাপবগী মতৌদা হায়রকই, গঙ্গা নংন ঐবু উশিংতবা মথৌ চোকশিন্দবা উৎপাদ ইনাক্ত ফমলিবা য়োংজাক অসিগী মুপী ওইদুনা চহি ১২ লৈকবো। শোইকদ্রবা মহাদেবগী য়াথংনা মনাই য়োংগী নিংজবগী ভক্তিগা মথাপোনবীদুনা মানা নিংবা থুংভশনু হায়রকপনি । অদু তাবদা গঙ্গানা মাংলেদনা মনাইদি ইবুঙোগী থোজান লৈত্রে, জটাগী থোগল করম্না থাদোক্লনি, মাদু হায়বিগনু হায়না নোল্লুক্না হাযক্লে। শিবনা অমুক হায়বিখি. তাও গঙ্গা নং চিংনগদু নরলোক্তা নমিং "অম্বুগা" কৌহুনা লৈরুবো । মহাক্না শাপ কোক্লদবদি, যোংগী মুপীদগ। চহি ১২ অদু শুননবা মথংদা মী ওইহুনা নিংথৌগী মহাবাণী ওইনা লৈক; অদুদা অস্তবসু নিপান মকপু অমমম ওইনা মথং মথং পোক-পিরম্লগা ! শাপ অসি কোকপা ওইয়ু। হৌজিকমক অস্তবসুনা মুনিগী শাপ্তগী মীওইনা পোক্লদবগী য়াপারানা ঙাইহুনা লৈরিবনি । অসি হায়রম্লগা হরগৌরী অনিনা ! কৈলাসদা লেংথরে । গঙ্গা দেবী শিবনা পিথোক্রম্বা এইবনা অরাবা ইপাক্না তাওহুনা লৈহৌরে । মহাদেবগী য়াথং কায়বা য়াদবদগী, য়োংগী মতুং ইন্দুনা হরি কপিগী মুপীন হায়হুনা লাক্লে । গঙ্গানা খল্লি য়োং অসিগী মতৌ করম্না লৈমিন্নদোবনো। মহাক অসি শিখ্রগা ঐ রাই শংগনি । হরম্মাই শিহল্লগে হায়না খল্লহুনা

য়োংদা হায়রকই ; হে নাথ ঐগী ইবুঙো দুংশিজববা। নংগী তু চোমবা অসি হুজোইৈদ, ঐগুম্না তু য়াওদনা শিং নাম্না লৈরবদি ; চপ চানা সেবা ফংজরগে। য়োংনা কম্দৌনা ? গঙ্গানা ইবুংঙো শিং অকংবা থাদরবা কোমদা মৈ হৌরগা চোংথবীনু। করে হায়রুনা মতুমক থোরাং তৌরহুনা চোংথরমদাইদা মৈশা কিবা উরহুনা গঙ্গানা হায়বকই ; তু চাকথুগা লোইরে হকচাং থাগদবা নত্তে। থাজপ্রগা য়েংউ হায়রুনা মৈরা মচা অমা পোকগা য়োংগী খুদোমবা হায়হন্দুনা মতু থাদোক্লে অদুগা হায়খি ; ত্তো শাহৌরদো ? য়োংনা উম শাহোদে তুদি জ্রু জুন চাকথোক্খে। খুদক অদুদা মৈখংদা চোংথহুনা য়োং অদু মথরাই থাখে। অমসুং গঙ্গাদি পেল্লহুনা হনখে। (চপীনা চাইবা খুদিং ইল্লবা মুপাদি, মরু কংনা মাঙই হাযবদু য়োংদ থোকখে)।

চেং শিখিবা মৈগী কুণ্ড অদুদগী ইখং থংহৌদনা, ইফুং ওইনা ঈশিং কাওগংলক্লুনা মৈগা ঈশিংগা য়াম্নব, ওইখিবনা। শাম্নবা মৈগী তুরেন অমা ওইনা চাংজো নাইদ্রবা পাক চাওনা চেল্লক্লে। অদুগী মমিংদি বৈতরণীদা তিমথীহনা বৈতরনী হায়না থোমখ্রে। বৈতরনীগী মথা থংবদা ষমগী কোনুং লৈরনি, মতম অদুদা অশিবা য়োংগী মশা অদু ; ঈশিনা পুবক্লুনা তাওথংলক্লে। য়োংগী মশা অদুদি ওস্থোক্লা চাউ শাংখ্রে ; অদুদা পননী মত্তৌগুম্না পন্দুনা ফৈনা লৈখ্রে। যো গী মশা অচৌবহুনা তুরেনগী অখুবদা, হৈনা পনখিবহনা ঈশিং মৌথংনক্লুন ; মুনিশিংগি আশ্রম কাওবা থুঙ্খ্রে। মুনিনা হায়খি অতকপদি চন্দ্রেজয় মহারাজ মতম অদুদা আশ্রমদগী মনি লিশিং মরিফুনিপান্না ; ৮০০৮ সিদি লম কোইরক-পদগী পন্দুনা লৈরুবদা থেংনবে। মুমিদাংগা ওইবগা কিমনখুহুনা হাহাকার লাওহুনা। অহিং লেল্লে, নোং ভাল্লগা য়েংনবদদি মৈগী তুরেল ওইরমহুনা অমুক হেন্না কিনখ্রে। লালফম থিরকপদা মৈনা কারুম কারুম ৬১কথোক্লবা বোংজাওগী মশা অশিবা অত্ত থেংনরুবদা অমুক হেন্না কিখ্রহুনা মুনি মহামদু কাম্রহুনা চেন্নবে। অশ্রম অসিদি “তুঙ্গভদ্র মুনিগী” লাইনিংফমনি মুনিদি যজ্ঞ চৎখিহনা মতমদুদি লৈতে। লম অদুদা হস্তিনাগী নিংথৌ “প্রতীপ” না মচা লৈতবদগী মবৈবাক থাদোক্লুনা মস্ত্রিদা শিম্নরম্নগা লাইনিংহুনা লৈরমই। মহাক্না খোদৌ অদু উরবদা নিংগৌনা হাংজখি, ব্রহ্ম সভানা তুংরম লান-ফম থংদ্রবহুদি, মাংদা উরিবা য়োংগী মশা কৈবিবা অদুদা লাম্থোকপিম্ন কিবিক্লম। মুনিশিং লান থোক্লে মতমদুদা লাইনা অকাশবানী লাওরকই, য়োং অদু অরেথদা মাংহল্লগদু বর পিরম্ম। অদু তাবদা মুনিশিংনা উপায় ওইনরবা য়োং অদুদা বর পিবক্লে ; অগাং অমা ওইরো হায়খি ; হায়বগা ব্রহ্ম বাকাদগী শান্ত স্বভাব ওইবা অঙাং মুপা অমা ওইহুনা হিংলক্লে। য়েংবদা শান্ত হৃদি ওই হায়হুনা মমি “শান্তনু” থোক্লগা প্রতীপদা পীওম্নে মচা ফংদবদগী কংজবদা হরাওরহুনা নিংথৌনা হস্তিনা কোংদা হল্লগা রাণীদা শিন্নবে ; অমসুং মচা কংবগী হৌনবা নিয়ম পুম্নমক তৌহুনা লোকখে। হে-জন্মেজয় নিংথৌ মত্তৌ অনুম্না শান্তনু হায়বা অসি য়োংদগী ওইখিবনি। রারী অসি তারকপা মজাংদা। জন্মেজয় নিংথৌনা হায়রে, মহামুনি য়োংনা শিরবদা, গঙ্গাদেবীনা কমদৌখিবগে মথা অমুক লিবিনু ? মনাই তাজনিংই।

মহাভারত লিখিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা অমুক নীথি—গঙ্গাদি মহাদেবদা চংতুনা হয়াউ হয়াউ, য়োং শিহল্লবগী রাবু শিবদা তম্মুরে! ইবুঙোনা শাওরহুনা নংনা য়োং হাংপদি য়ায়োই, হৌজিক্কি মহাক অহ মুনিগী ৱবদগী হস্তিনাদা নিংথৌমচা ওইনা লৈখ্রে। নংগী নরায়া মরম ওইহুনা, নংনা মী ওইরগা মহাকী সেবা, তৌরুরো হায়খ্রে, সিবগী সোইফদ্রবা সিবগী য়াথং তারো মহারাজা। ঙাইবিয়ু য়াদবা মতম্না নোংমা নাংমগী হৌখিবনা, শান্তনু হায়বা মচাইংঙো অহ মতিক চায়রকহুনা, হস্তিনাগী যুবরাজ হাপখরে। মমিং কয়ানিমুক লৈরগা মহাদেবগী য়াথং হকাই কাইদনা, গঙ্গা দেবীনা পাম্মনিঙাই লৈতনা ফজরবী কন্যা অমগী শকক্ম লৌরগা প্রতীপ নিংথৌগী সভাদা চংশিল্লকে। অহ উবদা প্রতীপনা হংলকই, কন্যা নংবু মতম চাদনা মকম অসিদা লাক্লিববু কমায়নো? কদাইদগীনো, নমিং করি কৌবগে, করি হায়নিংবা লৈবগে? কন্যা অহুনা খুমই, ঐদি অযনীসন্তবনি অরায়দগী নচ্চদে, ইমিংনা "অম্বুগা" কৌই; ইপুংোইবগী মমি না শান্তনু কৌবনি, হৌজিকমক্তি ফংদহুনা লৈরি, মবমদি মমিং হেক তাবদগী ইত্তোমতা পুক্কিংন ইবুঙো মঙোন্দা ইচ্ছা বরিখ্রবনি; হৌজিক্কি মহাকী থোম্জল নীঙ্গবকপনি। অসি হায়বল্লগা ইকাই খুংশি য়ায়হুনা, মাইথোং লুকথরগ! থোংবীনা লৈপাক্তা তক্লুনা লৈখ্রে। মীওইবগী পুক্কিং হবঙম্না ফজরবী কন্যাগী শকক্মহ উবদা; পাত্র মন্ত্রি ব্রহ্মসভা ওরুখ্রহুনা! মিংয়েং অমত্তা ওইনা য়েংহুনা লৈনখি। কন্যাগী রায় তাবদা প্রতীপ নিংথৌনা, মুপীমচা অমনা হন্দি শোক্লা মপুরোইববু নিংবমত্তৌনা, ইকাই ইকি হন্দোক্লুনা তৌরকইবা মত্তৌ উবদা অপেনবা অমা ওইনা পোকখিহুনা; মচাইবুঙো শান্তনু কৌহল্লুরে। মচাদা মুপী অমগী রায়ম তম্রহুনা, হপানা হায়বা ইল্লু, কন্যা অসিগী নিংবা থুংহল্লু হায়খি। ওজ্জনগী য়াংংঙাকপ লং হেনবা শান্তনুনা, মপাবু য়াথং ইল্লে, অমম্ভ মুমিং অজ্ঞমক্তদা মন্ত্রিনচিংবা অয়াম্বা প্রজাগা য়াওনা লুহোংলে। সনা লুপা দান কবা তৌখি। মত্তৌ অম্বুমা গঙ্গানা সেবা তৌখি, শান্তনুবু রাজ্যা অভিষেক পিরে গঙ্গা রাণী ওইরে। নাংমদি গঙ্গানা হায়জখি ঐনা তৌরবা থবক মগাবাজনা থিংবিগনু হায়জবদা; শান্তনু গঙ্গাগী পম্মা খুহুম চনখিহুনা, মপাম্বদা কাংলৌ লৈনা থিঙত্তবোট ওইবনা য়াশকখি। পাংপ রাণীগ পোইমনা বনং খিহুনা, পাইনিংবমা পকং ওতিক দেহে থ দোক্লুনা বৈকুণ্ঠ মংশি। মঙগী থব লৈরগা অম্বগা কৌবা নবেঙ্কৌলো গর্ভগা কক্ষণ ওইলে; অহুনা মপুং ফাবহুনা যা ১০ মমিং ১০ নি শুরবদা মচা অমা পোক্লে। পোকপগা মী কনা উত্তমহুনা অম্বগানা শান্তনুদম্মু তাক্রমদনা অড়াং পন্দিহুনা মুনিগী শাপকোক্রবা, ঈশিংদা লংথখিহুনা শীহনখরে। নিংথৌনা রাণীগী মত্তৌ অসিবু উবদা অবাবা ওইখ্রে। মাত্তৌ অম্বম্মা মথং মথং ওইনা চহি খুদিংগী মচা ৭ পোকপা মম্বু ৭ মক অম্বানা ঈশিংদা লংথনা লানবীখি। মাম্বুগী অওইবদি মথক্কা পায়খিবা অম্বমগী রা লৈখিবহুনি। মচা নিপাল শুবদা পোকপা মুপা অমদি অক্ষাংবা মী অম ওইরগনি অমম্বুং মনিগী শা চাক্লুনা মপাবুংগী পিণ্ডদানগীদমক থম্বাইরম্বগা থম্মুনা লৈপাকী চক্ষুদা হাপ্লগা মথুম থুমংনা লিনা য়োম্বশিল্লগ, নিংথৌদা হায়রমদনা! অম্বুগানা পুখিহুনা বকন্দা হায়রক্লহুনা ঈশিংদা থাদখ্রে। রাণী হক্লরুবদা শান্তনু নিংথৌদো মচাগী থম্লুবদা চিন্তা তৌহুনা কবহুনা লৈখ্রে। মরম অহুব রাশক ঙাকপদগা নিংথৌম্বু হায়রে। ঈশিং নিংথৌ বকন্দা য়োকপিরম্বু কায়না অঙাংহুবু

শিন্নরম্বনি ; বরুন্না লৌশিন্দুনা ঈশিং মন্নংদা য়োকখরে। বসুনা পোকপা ওইথনা অঙাংম্ব শক্তি লৈবা মীওই মীতৌ মপুং ফাব ওইখে ; মমিং সত্যব্রত খোনখরে। পুন্য চেনবা, মীবু য়োকপা পাপ চেনববুনা মাংহনবা, অমসুং ধর্ম্ম ঙাকপা অশোনবা মীবু য়োকপিবা, নাপলবুনা নৈহংপা, হায়বসি লাইগী মখৌনি। হায়খিবা রাদা অরেপ্পা, মীমন্ববুনা তিন্নদবা, অচুম্বদ চংপা মীবু চানবীবা ঘানা তৌবা কর্ম্মনা মথান্না মহৈ ফংজবা, অসিতবু শিমবিবনা লাইগী মখৌনা হায়বা অসি লেংত্রবা শাস্ত্রগী বচননি। মরম অদুনা চন্দ্রবংশগী মঙুণ লৈবা অমসুং পুন্যগী লমজিংবা পৃথীবীদা ফাওরগদবা উতুনা ; অতোপ্পা মচাবু হিংহনখে। মতৌ অসুম্না গঙ্গাদেবী নরভোগ চাতুনা। শিবগী শাপুগী লৈবমী, অতুগী মতুংদা নোংমা নোংমা হৌখিবনা মহাদেবনা হায়রকপা চহি ভরানিখোই শুবকখি।

নোংমদি গঙ্গানা শান্তনুদা অশেংবা হায়দাকখি। ঐদি জাহ্নবী গঙ্গানি শিবগী শাপুগী চহি ভরানিথোই মী ওইতুনা ননাক্তা লৈরম্বনি, হৌজিক মুমিং ওয়ে ঐ স্বর্গদা চংলগে। রা অসি তাবদা শান্তনুনা হায়খি এঃ অতুদি ঐদি কয়রা লৈহৌগদ্নি। অদুগা ইচা ধায়াসু অমতা লৈত্রি, ৮ পোকপনু লোইনা শিংখ, হৌজিকসু চপী লৈত্রবা মুপা মমা ওইরবদি। সংসারদ লৈরুতুনা কারয়ে। শান্তনুগী রাহায় অসি তারবদা। মযুক তপ্পা সত্যবাদি ওইবতু উবগা। গঙ্গাদেবীমা মুংশিরতুনা হায়রকই, রারৌ-বিগনু মহারাজ! ইবুঙোদা মচাদি ঐনা পীরমগে লেংমিন্নরসি, মাংখিবা শিখিবা ইচাশিংদগী অমদি মফম অমদা ঐনা থমলিয়ে। অসি তারবদা রথ অমতদা নিংথৌ অমসুং অমুগা অনি তোংনো লেংথোকখে। কয়ামরুম লাপ্না চংলগা গঙ্গা (তীর্থ) মপান ইবেন অমগী মনাক্তা রথ থাখে। গঙ্গানা হায়—মহারাজ ইবুঙো ইবেম অসিদা নচাইবুঙেডো অমা লৈবনি, কুমথবিতুনা লৌখংপিয়ু। রাত্র তাবদা হয়াউতুনা কুমথরুবদা ওন্থোরা অকিবা মফম অমা ওইবয়ে। অমসুং ভোব্বান্দা কাখংলগা মহাবীর অমা উবদা মাসিদা ঐ চ বা ওয়োই হায়ররে। শুরবা ঈবেন অসিগী মচংদা খুৎসু-খুৎলাই পোইননা প্রতাপ চাওরবা রূপ অমদি লৈহৌরে হায়খি অডাং অংদি বরুন মিংথৌনা খুজু খুংলাইনচিংবা অয়াম্বা বিদ্যা তম্বীহনা থমথবনি। মতম অদুদ মহাক্র বীর বেশ শেংতুনা মনমদা তেন্দোং পো, খাংদা ছুবি সুম, খুৎতা নীকংতেন পাইতুনা তেনা থোং শ রতনা লৈরম্বই। শান্তন চংনবগী মতৌ অদু উরগা গঙ্গা দেবীনা হায়রম্বই, মহারাজ লেরিবা নিপা অদু নচাইবুঙোনি। হৌজিক নচাও ঐনা লৌখৎচরুগে হায়তুনা কুমথখ্রগ, মমা মচা বানী শান্নবগী পুখ তুনা শান্তনুদা শিন্নরে, অমসুং ৮ পোকপিবগী অতোপ্পনি হায়না তাকখি। চংখোনবা মশক মতৌ য়েংবদা মগুম্না গম্ভীর ওজবা মিংমা কয়া য়েংবা ভমদবা লৈচিন মরঙুগী মুমিংনা থোক্রকপগুম্না শঙুম অতু উবদ, নি খোইহ হবা ওবদা পান্দম লৈশিন্নে। গঙ্গানা হায়খি মহারাজ নচা অসিদি "দেবব্রত" কৌবনি, লুনা তৌবিয়ু. মহাকথক্তা চন্দ্র বংশ লাংরগনি, মমিং তাংদা পৃথীবী পুন্নমশা কিনবগনি। পুন্সি শাংগনি, লাংথুংনা শিরোইদোবানি। গঙ্গানা মচাদা তাকই, দেবব্রত নপাবুঙনি ঈচাদি নপাবুঙ্গা লৈহোরো ইথানি চৎশগে। শান্তনুনা হায় ইচা অমতং ডাইবদি লৈতবগা অয়ানি। কদাইদগী ইচ অমুক ফংগনি। গঙ্গানা হায় হে ইবুঙে, পোৎ অসি লৌথৌ হাযহনা

মোইবুং খুজি অমা পিরে, অমসুং মহুগী মবম হায়রকই, খুজি অসিনা চপচাবা মপী রাজকন্যাহ গঙ্গা ঐগী শায়োন্নী মাহুনা মহারাণী ওইবিয়ু; ঐদি চৎলগে। মমানা মপা নিংথৌ বিদায় তৌরম্লগা চৎখি-গদৌরিবহু উবদ, দেবব্রত মমা কাইনখ্রনি থনবদা মমা মুংশিব প্রেম্না, দেবব্রতনা মমা কাইনরম-দাইদা। ফিজ্জৌ পাইদুনা কপ্পা কপ্পা হায়রক্লে। ইম চৎখ্রবদি কনাদা ইমা কৌহৌগনি। ইমাগী ইবুঙো মুংশিবা নপাবুংদা শিন্নরিবা খুজি অসিনা; থিবদা অচাবা মপী অহু নমা অশেংবনি। ইমা-মক্তি থঙ্গ হায়না শিন্নরগা; মচাবু কোন্দুনা লাইবক্তা চুম্লগা মমা মচা হিক্লা হিক্লা কপ্পদুনা বিদায় তৌনরগা। গঙ্গাদো চৎখ্রে, (অন্তর্ধ্যান) ওইখি।

গঙ্গানা হনখ্রবদা, শান্তনু নিংথৌ মচাবু কোননা লাইপক্তা চুপ্পী; রথদা তোংমিন্নরে অহুদগী লাইবক ফবা শান্তনু নিংথৌনা, মচান্নুপাবু পুবগা হস্তিনা কোন্নুংদা হল্লক্লে। অমসুং মন্নিনচিংবা কোন্নুংগী মী পুম্ননক্তা মচাগী মরম থংহল্লে; হবাউ কুম্মৈ কয তৌরকই, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব নচিংবদা; দান কয়ামকম তৌখবে। অদুগী মতুংদা শুভদিন যেংদুন বিদ্যা তম্বা হৌরে, লাইরিক লাইশু, থজ খুৎলাই চংখোম্ন হৈরক্লে, মী পুম্নমক্তা থাগংনখ্রে। অদুনসু পেন্দ্রনা মহেন্দ্র পর্বতা লৈবা "শ্রীপরশুরামদা" শিন্নদুনা খুৎলাইগী বিদ্যা তম্বাল্লি, মীওইবগী অথোইবা অমা ওইখরে। বিদ্যা তম্বা লোইরদুনা গুরু দক্ষিণা কংলমদাহদা "পরশুরাম্না" মুংশীবিদুনা; মক ওইবা খুৎলাই-মচিংবা কয়াসু শিন্নখি। অদুগী মতুংদা গুরু দক্ষিণা কৎলম্লগা হস্তিনাদ হল্লক্লে। মচাব যুবরাজ হাপখ্রে শান্তনুনা। ওাইখিবদি হায়নিডাই পান্দম লৈখিদ্রে; তৌইগুম্বসুং বাণী য়াওদনা নিংথৌ ওইবগী চিন্তা অমতংদি লৈবিবহু মডাইরে দেবব্রতনা ভাবতকী নিংথৌ পুম্নমক্ত পত্র থাদুনা মচা কন্যা লৈবশিং; ঐনা য়েঙশিনী ঐনী বা তাদ্রিমংখ থাজব যাদ্রি হায়না। পাওজেন থংহনখ্রে।

মোংমদি রাজদববাবদা অতৈগী বা য়াওদনা রানী থিবগী মননদা থম্নখি। মোইবুং খুজিনা থিবদা লেপ্পরদুনা মোংমা মুমিং অমা লেপ্পরগ। "দেবব্রত" য়াওনা লম খুদিংদা খুজি অহু চাবা কন্যা থিখরে। অমত্তা লৈখিদ্রে. অদুগী মরমদা শান্তনু নিংথৌনা চিন্তা তৌখি! খুজি চাদবহু থাজবা য়ারনা হায়দোক্লমী। মহাভারত আদিপর্ব্বগী রানী মতাং অসি তাজবদা পুন্য ফঙ্গনি। ইতি।

---

পোকপা নংঙবী ) কন্যা অমা ফংলুহুনা পুবরগা প্রজানা লুহোংহনা মহারাণী হাপখি। মতম কুইনা পালকপদা মচাদি পোক্কে। মচা ফংনিংঙনা যজ্ঞ দান করা ভোইই। মোংমদি স্বর্গদগী পিত লোক-শিংনা আকাশ বাণী লাওরকই। পরিচয় নিংথৌ নংনা পিতৃলোকী অর্ঘ দান তৌদবনা, পিতৃলোক ঐখোই লৈবসু ঙমগ্রে, স্বর্গগী ভোক করিগুম্বা অমত্তা চাবা ফংখিগ্রে। মরমসিন মৃগ মাংসনা ব্রহ্মভুজন কংথু নচাম্ন ফঙনি। আকাশ বাণী অসি তাবদা উচ্ছব কথকে হায়রুনা; নিংথৌ অদু খোংমী লাম্নী কম্বামুক্তা মৃগয়া চংলি। মতম অদুদা কোমুংদা লৈহৌখি রাণীদি ঋতুগী মতম ওইহৌরি। মশক মতৌ ফজবী রাণীবু লংখোকপা মতম চাদনা নিংথৌ ঐ লাক্লেদা খন্দুনা। মিংশিংলুবদগী ইখং থংহৌদনা মপাদগী ম্বকচাংগী মচি ওইবা থারা পেকেপা শুধা পোংশক অদু ( অদখামৃত ) মরিক অমিদং লৈপাক্ত ঙাথ্রে। মতম অদুদা নিংথৌগী ( শিকাড়ি ) ওহোক্লা কৈ-শিংলবা উচেক খুম থরং অমা রাওরকই; "বীর্য্য অদু খুজংতুনা উনাদ' য়োম্নগা ঐগী রাণীদা পীরক্লো হায়না থারক্লে। বীর্য্য মরোম মচাহু মরানা চিক্লগা শিকাড়ি খুমথরংহু অতিয়াদা পাইখি। উচেক অদুনা পাইরকপহুবু আকাশদা অতোপ্পা খুম থরং অমমা অক্তাপোং ওইরবোই খন্দুনা পাইশিলক্লুনা রৈন, চিক্ল, ফুনহুনা মুন্নবদা। বীর্য্যহু তাখে। ঈশিং ইরাইদমি, তাখিবা বীর্য্য অদুদা গঙ্গাগী শক্তি অমা চংথীহনা তিনখি। মাহুবু ঘাঁকা কৌবীদি অগোই শাবীনা মুনিগী শাপগী চা-ওন্দুনা লৈরমই, "পেংবাণী" মহাক্লা বীর্য্য অদু য়োংথে। ঙা অদু গর্ভ ওইখি, ভুম অমগী জাল খোনবদা ফারে মবুক কংবদা অমস্থং মতিক চাদনা চাওরীবা ওইখোক্কবা উবদা ডুম মখোইগী নিংথৌ দাস রাজাদা' কংলুরে। মওং অমনি হায়না লেন্দূমা য়েংলুবদা অঙ্গাং অনি নুপী অমা, নুপা অমা লৈবমলে হিংই। দীর্ঘীকাদী শাপ লোইখিহুনা লাইগী লৈপাক য়োথরে।

ওইখোক্কবা থৌদোক্তি হায়হুন ডুম নিংথৌ দাসনা! চেদি রাজা পরিচয়দা কংখি মচা কংদহুনা লৈরবা নিংথৌ অহুনা হরাওবদা ঙমথে শৈখিদে। অঙ্গাং নুপা অদু লোংহৌরগা, নুপী অহুনা দাসরাজানা মচা ওইহুনা য়োকখি। গঙ্গাগী শক্তিনা ওইখিবনি ডাহিংনম্বা মরমদগী "মীন গন্ধা" 'মৎস্য গন্ধা" হায়না মখিং থোল্লি। নুপামচা অদুসু মংস্যরাজ কৌখি বিরাট হায়নসু কৌই, ধীবরগী মচানি হায়বদি অসিনি। দাসরাজানা মচা ওইহুনা য়োকখিবী কন্যা অদুদি ধোগী গর্ভদগী পোক্লকপগী ডাহিং নম্বা অদু কোক্কহুনা, মখিং মীনগন্ধা কৌখিবী মশক ফজববী কন্যা অদু চাওরক্লবা পাঙবদা ডাহিং নম্বা কোক্লবন মমামবী মীরক তিনবা রাখিদ্রে। দাসনা মচানৈদমক কয়ামকম থম্বুরগা! যমুনা তীর্থদা ইহ হোনবী অম। ওইহু ।। অরাকপা মীথুদিং ঘাট লাম্ভোকহন্দুনা থমখে। মরমদ ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব সাধুগী কৃপাদগী নম বোকপ পাই খন্দুনা। যমুনাদা কৈবর্ত্তিনী ওইহুনা লৈহনখীগনি। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অ শুং তীর্থ যাত্রিক লাকপা মমল লৌদনা লাল্লি।

নোংমদি শক্তি মুনিগী মচানুপা "পরাশর" লাক্লুনা মকম অদুদা থুংলরে। কন্যা অদু উবদা ফজমমরহুনা, মুনি অদগী পুক্কিং হুথহুনা মহাক্কী অশেংবা পরিচয় তাকখি; অমসুং কন্যাগী পরিচয় হংখি। কন্যানা নোল্লক্লা হঙ্গচৈ, ধীবর দাসরাজগী মচা নুপী ডাহিং নম্বিনী হায়খি; মুনিদা বা

নিজবদা ভাহিং কোক্লুমা থম্বাল মমম্ নমখে। অমুকগীদি "পদ্ম গন্ধ" হায়না মমিং মীয়াম্না কৌখ্রবনি। মতম অমুদা মুনিনা কন্যাগী মশক হেক উবদা অহানবমক্তদগী। কন্যাদা পূক্লিং থমখ্রবনি। যমুনা তোর্ব্বান্দা মী য়াম্না লৈবা মরমদগী। মুনিনা সমুদ্র নিংথৌদা য়াথং পিহুনা, খুদক অমুদা ইয়াইদা নোং অনৌবা চুরমদাইগী মচিল লুকথরকপদা ওইবগুম্না। কুংনা য়েশিল্লবা লৈচিল্লা দ্বীপ ওতনা মমশিনখি, ময়াইদা পরাশর অমসুং পদ্ম গন্ধা লৈখি। অমুদা ধার পিখি, সিদ্ধিগী মগুম্না মিকুপ ১০ দা থা ১০ গী মপুং কারবা গর্ভ ওইহন্দুনা, কন্যাগী মচানুপা অমা পোকখে। অতাং অমু মতানগা লোয়নবা "কৃষ্ণ বর্ণ" মচুনি, পাম্বোম চোল্লি; পোকপদা যৌবন ওইরবা মথোক কারকপা পাথংঅমগী শকতম ওইখি। ঈশ্বরগী শক্তিনি, মমিংদি :— কৃষ্ণ বর্ণনি লৈচিল্লা কোইশিল্লবা দ্বীপ অমগী মথংদা পোকপদগী (কৃষ্ণ+ দ্বীপ+আয়ন) কৃষ্ণ দ্বৈপায়ন লৌখি; মতুংদা বেদবু বিভাগ শরুক লেংথোক পুথোক্লবা মরৈথংদা বেদ ব্যাস হায়নখিরবনি। বাদরায়ণ হায়নসু কৌই (বেদ আয়ণ) বেদবু গর্ভদগী হৈহুনা লাকপনি অমসুং কৃষ্ণগী শক্তিনা বেদগী অচুবা অর্থবু ফোংদোক্লবগীদমক পোক্লবনি; হায়বগী মরমদগী ব্যাসবু বাদরায়ণ হায়না কৌবনি। পোকপগা রা ভাংতি, মমাদা ইমা লৈহৌরো কন্যা অমা ওইনা অমুম লৈবিরৌ কনা-গুম্বদা হায়দোকপিকগনু ঐদি চংলগে। ইমানা অয়াবা তারবা মতুগা কায়রমদাইদা মচা ঐবু নিংশিং-বিরকউ, হায়রম্নগা চংখিহুনা "বদরিকা" কৌবা বন্দা লৈখে। পরাশর পদ্মগন্ধাদা বরপিবমই, ইবেম্মা মহাক্তি নিংথৌগী য়াণী ওইবা কংজৌ নচা থারম্ন কংজক অমসুং নংগী হকচাংনা নপুঙ্গি চুম্না মমেং ভাগনু নহা ওইবগী অনৌবা শককমদা ওইহুনা লৈজৌ হায়রমদগা মুনি তীর্থদা লেংখ্রে।

বেদ ব্যাস পোকপগী অধ্যায় মতাং অসিদা লোইরে, ভারত অসিগী ৱারী অসি তাবদা পুন্যশ মপক্লি। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

# অধ্যায়ঃ

## শান্তনুগা পদ্ম গন্ধগা লুহোংবা মচা অনি পোক্লগা

### শান্তনু নোঙ্গাথিবা ৱারী মতাং।

জন্মেজয়না ৱাৰী মুক্তাইরে, মহামুনিগী কৃপাদগী মথাগী ৱারী তাহনবীবো, মুনিনা হায়। তাও হে নিংথৌ শান্তনু নিংথৌনা পদ্ম গন্ধাবু উনবদা কন্যাগী ৱাদগী মপাবুং দাস নিংথৌদা বেবাহার তৌনা নচা পিয়ু হায়রকবদা, দাসনা হায়খি ইচাগী গর্ভদগী মচাদা নিংথৌকম পিবিবসু। শান্তনুনা দেবব্রতগী থম্মূনা য়াথিদে। হস্তিনাদা হল্লক্লগা মুমিং কদানিমুক চিন্তা তৌখি। "দেবব্রত"না মরম খিবদা মন্ত্রিগী মচিন্দগী য়া খংহুনা দেবব্রতনা মোইবং খুজি পুলুনা য়থ তোংলগা দাসগী মনাক্তা য়ৌখি। চংশিন্দুনা ভুম নিংথৌদা মচানুপীবু ইমা ওইক্লগে পিবিয়ু হায়খি। অংানবদা পোং অমতং ইমা ওইগদৌবিরী

অহুনা খুদম য়েংজখিগে চানরবদী পীবিনবা তৌবিয়ু। দাসনা হায় য়েংবিক। যুবরাজনা মৌইবুং খুজি পুরক্লুনা কন্যাদা হায়জহুনা শিজিনবদা চপ চানরে মখরাইনা পামা মখুংমক পৌইনা শিজিনখি ! খুজিহু চানরে।

গঙ্গাগী শায়োন ওইবা পদ্ম গন্ধাহু, "বাসল্য" প্রেম হোৎকথী চিংনা য়েংই, যুবরাজনা খুজি চানরবদা কন্যাগী মথোং কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপলক্লে। ইমা। ইমানি এনা থিব। কুইরেদা ইমা। মহাল মথৈ কদাইদা চংজুবগে, ওসিদগী নচাবু লোশিনবাযু দেবব্রত নচাবু নিংশংবা'যু হস্তিনাগী যুবরাজনি। মা অসি তাবদা পুর্ব্বভাব নিশিংতুনা পদ্ম গন্ধানা ইমাগী ইবুঙো মুংশিবা ওসিদগী নহাকপু থাদোকপা ওয়ারোই মরম অহুনা নহাক্লা ংপা নিংথৌদা হায়জক। ইপাগী য়াথং মতুং ইন্না ইমা-ইচা হস্তিনা য়োরাস নপাবু'গী সেবা কলগে দেবব্রতনা চংতুনা ইমা ওইজগে ইপাদি হস্তিনা কোম্মংগী শান্তনুনি হায়জবনা দাস রাজানা হায়, কাওবোই ইবুঙো নপাবু' লাওম্মে, এনা হায়জবহু ওমদহুমা চংখ্রবনি। দেবব্রতনা তাকাশযু এডোন্দা, দাসনা হায়, যুবরাজ হচাগী মচাদা হস্তিনাগী নিংথৌ হাপ্পীযু হায়জবদা নপাবুংনা যুবরাজগী খন্দুনা য়াখিদ্রে।

দেবব্রতনা হাই, মপোক অসিমগী এমা নিংথৌ ফম ওইজরোই সত্য। ধীবরনা হাঙ্গী, থাজদে মচা হাওক্লা সোক্ত তাল্লকামি মবম অহুনা ইশুদা নিংথৌফম লৈগনি নিংদে। যুবরাজনা এনা হায়জখা রারম অসি, এনা পিতৃগক শাক্তি থমগনা রাশকথে ঐগী থম্ম অস ভাকপাযু। মা অসি তাবদা কৈদা. "দেবব্রতদে" ইপা কায়বা গুর্কদি মওক চাওবনি, ইপা হমানা পেল্লগা লোতরে সংসার অসিদা ইমা ইপামা পেনবীবগী মহৈদি গুমি থানা লৈরামথে মহে মাংদে হায়, মরম অহুনা তাবায় ধীবর বাঙ্গবু সত্য সত্য সংয কোবা লাইনা শাক্তি ওইরসং, লৈবাক, পৃথী আকাশ গুমিংথা, অমম্বা অডানবা লাই খিবিক্লা শাক্তি ওইবিহৌ সত্য - সত্য হন্দক্লা মতোক অসিদা ইচা থার পান্দনবা য়ুম পানখ্রোগ হায়হুনা অকনবা রাশক শকুনা লেপখে। মমা অমস্তুং মপাগীদমক খল্লুবদগী ভগত্তনা ওমচদ্রবা রাশকপু দেবব্রতনা লায়না শকখা।

যুবরাজগী মা অত্র তাবদা মা লংই অতাবা খিবক্লা নিংথি, অমস্তুং আকাশ বানী লাউথখি। অকিবা রাশক! শকপা "ভ." + ভয় আকিবান, মমম অহুনা ভাসদগী যুবরাজ নংগী নমিংদি "ভিষ্ম" কোবা ওইরো অমস্তুং পদ্ম গন্ধানা সত্য তৌহুনা লোবদগী সত্যবতী কোহুনা পাল্লুরো। লাইনা ছুন্দুভি বাজগ্লোরে, গন্ধর্ব্ব — কিন্নরী পুম্নমক ওগোই শানথী লৈনা নোং চুবগুম চাগথরকখী।

ভীষ্মগী রাশক অমস্তুং আকাশ বানী তাবদা দাস নিংথৌনা মচাবু পিথোক্লে। যুবরাজনা মথদা পুখনা হস্তিনা য়োরগা মন্ত্রিনাচিংবগা লোইননা সত্যবতীবু শান্তনুদা লুহোংখে অমস্তুং রানী হাপখ্রে। শান্তনুনা ইকাই ইকি লৈতনা মচাবু পেনমনহুনা হন্না হন্না কোনবিথি অহুগা হায়রকই। মচাবু য়োকপা মপাবু মপা কৌই, মপা নিংবা মচাবু মচা কৌই। হায়না হন্না হন্না থাগথখি। দেবব্রতনা রাশকখিবা ব্রহ্মচার্য্য পালন তৌথিবা অমস্তুং সত্যবতী খোনথিবা, দেবব্রতদগী ভীষ্ম

কৌথিবগী রারী তারগা অমুক হেন্না অঙকপা অকিবা. অপেনবা তিন্নথিহনা মচাবু খুজেং পায়রুনা হায়খি, ইপাগী মনি ওইবরা "ভীষ্ম" ইপানা করিনা লমম ওইগনি, ঐনা হায়গদবনি :— জগত্তা নংবু ভমকদবা ওইরসনু, ইংাদি জগৎনা শিরগীদমক কিবনি। ইচাদি শিনিংত্রিমথৈ শিগনু (ইচ্ছা মৃত্যু হও) নংনা শিনিংলবা কান্দা শিবা ওইয়ু হায়না বর পিখ্রে। অহুগী তুংদা নিংথৌ — রানী যুবরাজ মুতাইনা হস্তিনাদা পানখ্রে। শান্তনুগী ঔরসদগী সত্যবতী গর্ভ ওইদুনা থা তবানা মপুংফারবদা মচানিপ অমগা পোক্লে মচানুগী মমিংনা চিত্রাঙ্গদ থোল্লে, মশক মতৌ ফজে মগুণ লৈ। মতম থর অমুক লৈর া রাণী গর্ভ ওইহন দশমাস সম্পূর্ন ওহরবদা, মচানিপা অমসু পোকে; শান্তনু ম াগী মমিং বিচিত্রবির্য্য থোল্লে। শান্তনু মতম থরগী মতুংদা আয়ুঅন্ত ওইরদুনা নোঙ্গাখ্রে। ভীষ্মনা মনাও অ-বু লুনা চান্না য়োক্কনা লাংরিক লৈহল্লি ফেংগী ধনুবিদ্যা মতক চানা হৈহল্লি, চিত্রাঙ্গদবু ভীষ্মনা রাজা অভিষেক পিবে, হস্তিনাগী নিংথৌ ওহ্রব। চিত্রাঙ্গদ প্রতাপ চাওরবা নি া হৈরব নিংথৌনা, তেংসান পান্ম রাজদন উটমবি-- চংলি। তাংতকি নিংথৌ লোহনা ন: থৌবওন, পুরুপ মাইকৈগী নিংথৌ লোইনা ওয় তৌবকপদগী ইরাবতী থোংবান্দা স্বর্গগী চি া গন্ধর্ব লানথৌংনবদগী দিনংবত্রয় চংলকপ া চহি ১০ শুবা কুমদা, চিত্ররথগী মখুও। চিত্রাঙ্গদ শি: জীবথ্যাদেবনা শাকহু। ভপ্নান পম্ম তেরগা মনাও এাম্বা বিচিত্রবির্যাদা নিংথৌ হাপ্লে। . .ৗ শর্ি না লৈপাং দাংলনা পাল্লি। ভাপ্নন মনাওগী বাগ হাপকে থল্লকপদা, কাশীরাজগী মচানুপী অহুম পুলপ ইশাবগী সয়ম্বর তেবগী পাও তারে। কনা অহুমচু পৌকনগা মনাওগী ব। গাপকে থন্দুন ; নগথং তুমিত্ত ভপ্ন সাব বু রথ সাজন তৌহন্দুনা, লিকং তেন্দোং থুংনু ১ ই লোইনরগা, রথদা কশী লৈবাক যৌরে। সয়ম্বর মাগুবকী গৌজ্ঞদা রগ থাবগা কনা পুথোবকপা চাইতনা লেখে। নিংথৌ সভাম্মুনা ফমংদা। কন্যা অহুম পুথোবক্লগা সভাস্তক্রি কংলি, সক্তা মাগুব ময়াইদ মপুরোইবা থনগদবগী চহুভী তাক্তা অহুদা ভীষ্ম চঙচক্কনা, সভা ম াইদগী কন্যা অহুমচু শায়ং পায়হনা চিডংী, মংচমহুন ভীষ্মন ফাবদগী নিঙাই তৌহনা নাম্বোকই। ভরনা কন্যাহুগী খুদাং পাইশিন্নগা নমতুনা চিডড, কন্যা অহুম্মক রথদা হাপংংলে মচেমচুদী লমজেনী হায়হনা পুনশিনবীরে : মনাও অনিহুদী ভীষ্মগী গুন উংদা কিজংনা নিঙাই তৌজরে। ভীষ্মনা রাজসভাদা হায়রকই, তাবিয়ু রাজসভা ঐনা ফাংবব কন্যা অহুমসী, ইনাওগা রাণী হাপকে তৌবনী হানি দবা লেবগা খুলংক্ত পায়বীযু, ক্ষেত্রীধর্ম্মদ লংগা তৌনবগা তম্নে কন্যা মুনবিহৌ। ঐ চেন জংগাই ময়ামগী মাংদা নমহুন। ফাবনী ঐনা কন্যা পুবগনী হায়না লাওনা হায়বকহ। রাহায়সি তাবগা নিংথৌময়ামহু, কনানা হায় উসিংমন্দে ভীষ্ম হাংসি, কন্যা মুক্তি, লাম্বা থেংনসি,- ভীষ্মগী গুণ থংদবশিংনা অসুম্না হায়নরকই। ভীষ্মবু থংবা লুচিংবা নিথৌশিংনা হায় ; কাল্লবোই ভীষ্মদা নডক হায়গংলুহু থরাই মাংজনী ঐথোইদি লাম্বা ডমজরোই রাফমসি তাবদা লাওনরম্বা ময়ামদু কিনহুনা মরু লুক্রখী। হা ভীষ্ম কন্যা পুথ্র ঐথোই নঙ্গা লম্বা নৌরংরাই রাজসভাগী রাসি তাবদা ভীষ্মনা রাজসভা রারোবিগনু ঐ চচ্চরগে হায়বম্মগা রথ থৌরকই। লমথাংদা শাল্বনিংথৌগা ভীষ্মগা থেংনরে, কাশীরাজগী মচানুপী অহুম অসী মমিং ১। অম্বা, ২। অম্বী অমুবনা অম্বালিকা

থোই। অবা কন্যা অসিদী শাল্বগা মনুংদা হুতীনা পত্র থানহনা ; শাল্ব নিংথৌদা বরিজগে লৈরবীনী। সয়ম্বর চুমিত্তু শাল্ব নিংথৌমু দেশ লোয়বহৃদা মতম চানা য়ৌগে ঐগীদি অবা লোইরয়োই থন্দুনা লাকপদা ; ভীষ্মনা ফারকপনা হানখিহনা, শাল্বনা য়ৌরকপগা, ভীষ্মনা লাকপগা মপালগী (রজভূমী) কাংলৈবুঙ মপাদা ওরুবনী। শাল্ব লাকপহ্ উরগা অম্বা কন্যানা লাওনা হায়রকই, মহারাজ ঐবু ভীষ্মদগী মুনবীয়ু নঙোন্দা থরাই কচ্চগে লেপচবীনী ঈশানা য়াদনা মানা ওবদগী নমহনা ফাবী রকপনী। অম্বানা কপতুনা লাওরকপা, অমম্তুং পুন্দূনা পুবীরিবহ্ উবদা। শাল্ব নিংথৌনা ভীষ্মদা হায়রকই গঙ্গানন্দন ! নংনা পুরকইবা কন্যা অহুমহ্ নমহনা ফাবিরক্লমাল্লে। মনাও অনিম নং পুখ্রো মচেম অম্বাহ্ ঐঙোন্দা পিরম্মু মাগা ঐগদী প্রেম লৈনবনী অহনা মানা য়াজবনী নংম ওবগী পুন্দুমা পুবীরে। শাল্বগী য়া তারগা ভীষ্মনা হায়রকই, নিংথৌ নহাক্কী য়াজ কন্যাগী মতৌগা চুমগনী মিংলে ; অহুম ওইনমক কন্যাদী পিরয়োই। রাজসভাগী মমাংদা ওইরম্মবদী পীরমগদবনী লমথাংদা পীরম্মবদী শাল্বনা ভীষ্মহ্ কন্যা অমা মুনবিহৌবগা। পামদবা অমিহ্ পুহনখি হায়রহনা মীনা ঙাংনমকনী। মবম অসিনা খুংলাই পায়মু ; নং-ঐ ক্ষেত্রি ধর্ম্মদা য়েংনরগা ; নংনা ওম্লগা কন্যা অহম্মক লৌহো ঐনা ওম্মগা পুখিগে অহনা লেমগনী। য়াগায় অসি তাবদা অম্বাগী প্রেম শাল্ব মিংথৌ ; ভীষ্মগা অকমবা লাম্বা থেংনখ্রে। পুংময়ম খুংলাই কাপ্পরকপদা ভীষ্মন খুংকাপ হেজিন্নহুনা লিরুং ককথংলে কাং য়ানখায়বে। তেন ১৫ না থমোইদা থাবদা শাল্ব বাম্মহনা লৈমাই থক্তা অসিবঙম তাখবে, ভীষ্ম জয়ধনি লাওদুনা হস্তিনা পাংথবে। নিংথৌ মথাম থোরকপদা শাল্ব নিংথৌনা ওইবিবা অবস্থাহ্ উরগা হায়নবকই ; সিহৌদবা মরাহবক্তুম কৈ। ঐথোই মথাম্মা কিমহনা থাদোকপ্লবা জগতনা ওমকদ্রব ভীষ্মবু ; লাম্বা তৌকম্লিবা কন্যাগী য়াথন্দা চাঙক বোহদো। য়াসি হায়নবগা বাজসভা মাগী মাগী লৈপাক্তা হম্লখি ? শান্তনু মরৈবাক্তা হঞ্জিনখী, ভীষ্মমু হস্তিনা য়োংকখী। মনাও বিচিত্রবির্য্যদা কন্যাশিংহ্ লুহোংনবা থোবাং তৌবে। হোঙঙম-দাদদা অম্বাদী ভীষ্মদা হায়রকই, ঐদী মহাবীর নংনা খুদাং পায়থরে হপুবোইবা শরুবনী, মনাওগা লুহোংবা ওমলোই। ওপীওইবনা অনৌঙবা পামজ দ, সতীত্ব ধর্ম্ম পামজবানী, শাস্ত্রগা বেথি কায়দনা হোংসা ; ঐদা নহাক্কি সেবা তৌ[illegible]। শম্বাগী বা তানবদা ভীষ্মনা হায় অহুদী কন্যা নংনা য়াকমসী কোম থন্নম্মসী। [illegible] বা [illegible] হো থসা হ[illegible]হুনা অম্বানে অম্বালিকানে অনিম বিচিত্রবির্য্যদা [illegible]। [illegible] [illegible] পালকপসী। মশক মতৌ ক্ষত্তরবী য়াণী অনিগী সেবাদা পুত্র [illegible]না। নৌনা মথুম পাল্লুবনা [illegible]তায়সদা মশা শোয় তুন যক্ষ্মা-ডোগ থুঙডক্লুনা মচ থান [illegible]মদনা চাং [illegible]বদা লাবে বা ওমদহুনা ঈ[illegible]না নৌনা নোঙাং থ ভীষ্মনা মনাওগী কর্ম্ম মশোল্লোয় তৌরে ; চন্দ্রবংশ নিংথৌ থারা লৈত্রে। অসগুম্ব মহাভারতন থম্বানগী মশক্কি, শ্রীব্যাস মনিন [illegible]কি মশক ওইহনা কুপাইনা শাংকাহ[illegible]বা ভারত থম্বানগী রসবু তত্তনা চুপচরবা মীদী, মীওইবগী পুক্লিংগী লৌশিং জ্ঞানসু ঙাল্লকনী। পুক্লিগী অবোইবদা জিবনা শ্রীহরিগী থাম কঙনী। ইতি। হরিবোল — হরিবোল — হরিবোল ॥

---

## অধ্যায় :—

# অম্বাকন্যা সতী ধর্ম্ম ঙাকখিবগী গুণ— ভীষ্ম সত্য ঙাকপগী অঙকপা ৱারী।

শৌনকনাচিংবা মুনিসজাতনা হঙঙকই, সৌতি অম্বাকন্যাগী ৱারী অমুক্তা শাঁম্না। ভীষ্মা অম্বাদু কমদৌখিবগে? সৌতিনা হায়রক্তে অরিবিযু ব্রহ্মমতা; মহাভারত লিখিবা বৈশম্পায়ন মুনিদা জন্মেজয়না সিংথোন্না হংলে। মুনি অম্বাকন্যাগী ৱারী লাখো। মহুহাক্না তাজনিংই মুনিনা হায় তারো মহারাজা, বিচিত্রবির্য্যগী ৱারীবু ঐনা হায়া লোইশিল্লম্বনী। হৌজিক অম্বাকন্যাগী ৱারী লিরক্লগে, অম্বাদু মনাঙ-অনি তোঙবগী ভীষ্মনা দখিনা কত্তুন ব্রাহ্মন বৈষ্ণব থুকম্বা হৌরকপদা লৈ পরেং পায়রগা চঙঙজুনা মাংদা, লেপ্লগা হায়রকই। মহাবীর ভাবক কাইত্রিডৈ নাম শোনবা লোইশিন্নিবৈভেদা; থবক অনিরক থোক্কনবা ঐনা লৈপরে অসি হুক্কচরগে? ঐখোইগীসু হোঙহৌরসি। কন্যাগী ৱাকমসি তাবদা ভীষ্মনা হায়, কন্যা ঐদি ইমাগী হাক্কনা যুম পাল্লরোই খুন্দিগী ব্রহ্মচারি ওইরগে হায়না। পুরণ তরামরি পন্দুনা ৱাশকখ্রে। মরম অসিনা ঐনা নহাকপু নরৈপাক্কা থিল্লগে, নত্রগা শাৱনিংথৌদা ঐনা মংগী অঙং অউন তম্লগা হোঙসী। অম্বানা হায়বকই গঙ্গানন্দন হায়রিবা ৱাকম অনিচুমক ঐ ঙম্মোই? নিপামা কাচুনা নরৈবাক য়োৱগা ইপামদা হনবা ধর্ম্ম নত্তে। অদুগা শাপ্পনা হায়জবদদি পিরমক্রগা; হৌজিক মঙোল্না হোঙগে হায়বদু শাপ্পনা য়ারমক্রগা। ঐদা মাংবা নত্তনা ইপাগী ঙাপদু মাংবনি। নংনা থুদাং পায়খ্রবনা ঐগী ইপুনোইব শক্লে, লৈ হুক্কচহৌরগে গুরুজনগী সেবা ৱানবা? ৱাসি হায়রগা লৈ হুককে-ভৌরকই। ভীষ্ম লৈ হুকখ্রবদি সত্য কায়বগী নরক য়েংবা তাবনা ৱাশক ঙাক্লবগী ভীষ্ম চেল্লে। কন্যানা তাল্লি কংত্রে ভাবক কাইনরে, ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনা কন্যাগী মতৌ য়েংবা সুঙাইত্রহুনা। ভীষ্মগী য়ুমদা পুশিন্দ-বীরগা তাক্কুনা থম্মীরম্লে। অম্বা চংলে ভক্তি কাহদনা লাংজ্জ, মৈথাঙ্গংলে সন্ধ্যাগী ধুক বর্ত্তি কংলে; ঈশিং শাহন্দুনা মপুরোইবগী সেবা ঙাইহনা লৈজবে। ভীষ্মসু সন্ধ্যা মতুংদা যুমদা হল্লকই, ভীষ্মনা মাঙ্গোল কায়কপদা অম্বা থোবজুনা। প্রাননাথ থোঙ শেংজরগে ঈশিং শারে হায়না থুক্কমজে। অম্বাগী মতৌ উবদা ভীষ্ম শাই শাঙজনা হায়রকই, কন্যা ঐগী য়ুমদি মুপী চংবা যাদে নং ধর্ম্মঘরদা লৈক নোং-ঙাল্লগা নংগী শাশন শংদি, হৌজিক ৱাংনি চৎথাকরো। অম্বানা হায়রৈ করি ৱাংনো ইবুঙো সতী ওইবা মৌগদি পু ষাইবগী সেবা তৌবনা পেথাকমনি মরম অসিনা চংলো হায়বিগদু ধর্ম্ম থোক্কে চংপসু ঙম গাক্ক। ভীষ্মনা হায় কন্যা নংনা হায়রিবদু মুপীগী অরেপ্পা ধর্ম্মনি অদুম ওইনমক ঐদি সত্য ঙাকপা খুদিগী ধর্ম্ম ওইরগে লেংখ্রে। নংনা য়ুমদি লোহোৱো ছেংনা চানবসু ঐনা পীবক্তে; হায়রগা ভীষ্ম সুমাংদা কুমথখরে। ভীষ্মগী মতৌ উবদা অম্বানা থম্লি, ঐগী ভক্তিনা পেন-হনগে লৌশিনবীরগবা নিংহুনা। এ—গঙ্গানন্দন অদু ওইরবদি লৈহোৱো ঐ চচ্চরগে হায়রগা থোকখে। ভীষ্ম ইমুং চঙখে, অম্বানা বৃন্দাগী চপুটড়াগা নমলোক্ক খুকখুদক; ভীষ্মগী নাম শোন্দুনা মথুংলোররগা ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা কমখে।

ভীষ্ম অম্বানা নাম শোল্লিবচু তারদুনা, চাবা থকপা মপাল মমাং থোঙদা খোকয়ে ; নাকথোং-লোমদা হোৎনখয়ে। কন্যাগী মতৌ উবদা মরিংঙেন কনমল্লি, কয়া কুইনা ওস্বগে য়েংগে থন্দুনা খা হায়দে হন্না য়েংদে। অম্বাকন্যা সুমিৎ তরেৎনি চাদ থঙনা, ভীষ্মগী নাম শোল্লগা ব্রত তৌদুনা লৈবদা। ভীষ্মনা রাশক কনবসি খা অমা হায়দে হন্না য়েংদে। কন্যানা খল্লি ; এৈনা হায়জবনদি য়াররোই॥ মাব্‌ ওম্বা মীদা চংজরগে। দেবব্রতগী রাশক কাইহল্লগে থন্দুনা হোগৎলগা অম্বা চৎখে। মমা অরুনা রাণীগা পোকমিন্নবা ভদ্রসেন যুবরাজগী মফমদা মানা ওইরকইবা অবস্থাদু কপ্তুনা রারী শারগা। ভীষ্মবু ওমগদবা মহাপুরুষতগী মফমদা খিনবীয়ু হায়রৈ। চেনি যুবরাজ মমৌ অম্বামা ওইরিবা শকফম উবা, থম্মোই শোকপা রাহায়দু তারগা ভদ্রসেলনা খা হাব, ভ ম্বরু ওমগদবদি পরশুরামতনী॥ চৎসি লাও হায়দুনা রংদা হাপ্লগা মুংশিংকী মাংথানা থোরকপনা বদারিকাশ্রম য়োরক্লুনা রথ থাবে। অম্বা কন্যা পুশিল্লদুনা, গুরগা চবন্দা থুরুমজদুনা ; রারম পুমমং হঙৎচরগা শাস্ক্ররকক। পরশুরাম কন্যাগী মপুন্সি বল্লগে থল্লুদুনা ; খুৎলাই লোইনরে কন্যা।। খদা তোংলে। ভদনা কাও থোরক্লুনা হস্তিনা ভীষ্মগী হোজংদা দোলাই থাবে। গুরুবু খুরমে হায়খি গুরুদেব এদি ইমোগী মতৌ চে বা ওমজরোগ। ভীষ্মবুম্ব ক্লিজে, এনা কন্যাগী উপায়সু ও লে ই ওক। কৃপাংডাহরে হায়রগা অম্বাকন্যা গুরুদা শিন্নরে। হবেম্মা মাম্মা হৌবগে হায়না বিদাব তৌনম্মা রথ তো থঙুনা মরোংম্বা হনখি। রাম অম্বা লাইনচুন। লেংশিল্লক্রগা, খা—ভীষ্ম ইপা শাকচ খে ক্রকউ হায়না কোয়কই ভীষ্ম চেম্বোর ক্লুনা পদ্য অর্ঘ্য কংনি, লেংশিঙ্গনা, আসন কংলি চংগ শেংচ পাদ্দক লৌকৈ ; পুজা ছান্দচ্ছ কংলি। গুরুদেব করি কচৌগে হঙৎ ল, গুরুনা হায়, ভীষ্ম কন্যাগী পুন্সি কনসি মতৌ ধর্ম্ম ভাকংনা নংগী মঙ্গল ওহ। নংগী রাশক কায়বা পাপ ইপাগী খোংগী শক্লনা কোকহনগে। ভীষ্মনা হায়জ গুরুদেব কন্যাসী মরিংঙেন কনমল্লি, এৈনা কয়া কাযংবনি মানা যাখিদ্রে। এৈনা গুরুগীভোক লোয়গ গুরবু পাপ পুহ ব ওমজরোই ; ক্ষেত্রি মচাগী রাশক ভাকপনা অবেপ্পা ধর্ম্মনি। গুরুনা হায় ভীষ্ম গুরু য়াথং ভাকপনা অরম্বা। ক্ষিবগী ধর্ম্মনি নংগী পিতৃলকসু এৈগী লাহনিংনা নরক তাহল্লোই হুমপা ল্ল। গুরুদেব এৈ লেরগা কাংগদব ওইংগা, গুরুনা ভাকপিরবদি এৈগী আত্মা কংপা ওমজগানি ? মতৌ কাইবা হায়ব অসিদদি ওমজরোই, গুরুন কৃপা তৌবিযু। ভীষ্মগী খা তাবদা রাম মৈ হৌবগুম শাওরক্লুন হায় ; ভীষ্ম খুৎলা পাইযু নংগ য়াক লাম্বা য়েংনশি। ভীষ্মসু মাদুনা করে হায়রগা চওখিদুনা, সারথী অনি রথ অনি খুৎলাই হাপথৎলকই সাজন লোইরগা শগোল জুরিনা গুরুদা রথ অম কংগ মানা অমা তোংলে। রঙ্গভূমদা থে রক্লে অম্বাসু গুরুগী তুংলোমদা লৈজংর, গুরু শিষ্য মায়োক্থবে। পাও তাবদুনা হস্তিনা প্রজা পৈরয়ে। অতিয়াদা লাইয়াম যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, শিদ্ধরিষি, মযাম ভাবক ওইখবে। গুরু শিষ্য প্রলয়গুম কাপ্পথাব। সুমিৎ তরেৎনি গুরকপা অমুকী য়ুথক মতমদা ভীষ্মনা গুরুগী খুকাপ কব্‌থংলগা তেন ১৫ মা থমোইদা থারে গুরু রাহয়ে। সুমিৎ মুংবদা অমুক গুমিংযুংবা মতুং য়ুথক্তা অমুক মুর্বা পিরে ৩ লক মাইথিবা পিরবাফাও গুরু লান পোথাগে হায়রে।

শিন্দনা হায় নল্লা নিখবা 'দীর্ঘধরব" ক্রিনিজ বানি অঙ্গুলনি। দ্রুপদনা হায়রে প্রভু উজবদা য়ুরোওমন-থিদুনা শোইদ্রবনি ; থৌজানথিদুনা ইচানিপা পিনবীয়ু। শিবনা নিপা ওইজরো হায়রখগা 'অন্তর্ধ্যান' মাংথোকখি কৈলাশদা লেংখ্রে। শিবগী বরদগী মৈয়ুংদা শিখিবী অথাগী অথানা ; মুংশিংদুম দ্রুপদনা চওখিদুনা বীর্য্যদ তিমখ্রে ; থা অনি শুরকপদগী শিখরিনী রানীগী গর্ভদা লৈখ্রে। রানী গর্ভ ওইরক্রবদা মঙ্গল ওইনবা, গর্ভশুধন দান কুয়া দ্রুপদনা তৌখি ; থা ১০ মুক্কিং ১০ নি শুখদা য়াংগোল চংলে রানী মচা মুপী ওইনা পোক্লে। নিংথেমনুবীশিংনা নিংথৌদা রানী অঙাং উনরে হন্জখ্রুবদা। নিংথৌনা ইচাহু নিপা ওইরিনিনা হায়রকই, ধাত্রীশিংনা মাক্সি হায়না খুমদোকখ্রে। লাইগী নোংদম লৈখনা য়োকচবী মমাশিংনা ; হায়দোকদবা নিংথৌ কিনা য়োকখিদুনা। নিপাগী মতৌ কিজেং লৈত্তেংদুনা ; নিংথৌ খংহন্দনা অঙাংদু য়োকখি ; মচাগী পণ্ডিতশিংনা জর্মকোঠি ইখদা, মুপীগী মপোক্তা লাকপনা ; (স্ত্রিলিঙ্গদা) মমিং শিখণ্ডী হায়না থোনখরে। অঙাং মশাগু বর লৈখনা মপোক খণ্ডী„ ভীষ্ম হাংকনি খনবনা মথং মথং চাওরকপগী মতুং ইন্না লাইরিক তম্মি, "ধনুর্বিদ্যা, থাং, তা, গদা, মল্ল যুধ" চেকশিন্না হৈরে। দ্রুপদনা যুবরাজ হাপ্লে দশার্ন নিংথৌগী মচা কৈন্ত্রা হায়দুনা লুহোংলে। অদু খাওবদা ঐ মুপীনী তাক্কে ঐগী লাইমিংনা ভীষ্ম হাৎনব মুপা ওনথিগদী খন্দুনা লুহোংওকইবা মুপীদা ইবেন্মা ঐদি লাইনিং ব্রত অমা কংলি। মরম অসিনা নংগা ঐগা মতম থরা শোরু পরবা য়াক্সি হায়না তাক্লগা শিববু নিক্তিগী পূজা কংলী। কুইমল্লরুবদা নোংমদি তুমথখ্রবা মতমদা ! রাজকন্যানা কুপ্পা য়েংবদা মুপীনি হায়বা শেংনা খঙলে। নোং ভাগকপদা কন্যান চিঠি ইরগা, লোয়া হুত অমা মপা নিংথৌদা থাখরে ; হুত য়ৌখিদুনা দশার্ন রাজাদা পত্র কংলে। মচানুপীগী ( হক্কাইষ্ঠার ) ময়েক উবদা মচানুপী শোয়োজা কন্যাগী হুতনি খংহুনা পিজ পিথক্কুন' থম্বীযু হায়না মনাইশিংদা শিন্নখী। নিংথৌনা পত্র পাদুনা য়েংবদা মরোন্দু মচানা ইরকপা, ইপা নিংথৌ পঞ্চাল নিংথৌনা ইপাবু উশিত্তুনা ! মচানুপী শিখণ্ডীগী ঐবু হায়রগা লুহোংবনী। ইপানা নচাবু ইমান্নবী মুপীচাদা থাজবীবা অসিবু ? অঙ্গুমমক মাংজরো হায়রবা। ইপানিংথৌনা মচাগী অমুক্তা নোংদম্বীরকউ ? চিঠি মরোন অসিনী। দশার্নরাজা চিঠি অমুক ইরে হুংকি মথুক্তা শিন্নবে ; হুত নং হৌজিক য়োখ্রে। দ্রুপদ নিংথৌদা পত্রসি পিরু হায়না তুক্কু থুনা থারক্লে। হুত য়োরক্কুনা পত্রহু দ্রুপদ কংলে, দ্রুপদনা পত্র পাবদা দশার্ননা ইরকইবা মরোন্না ! পঞ্চাল নিংথৌ নচ মুপী শিখণ্ডীগী ইচাকন্যা হায়রদুনা লুহোংবদি। ইচাবু মাংজনগে ঐবু মিংচং থিহনগে লাংবা ইতিক থঙনী ? ভসিদগী ৮নি শুবা মুমিত্তা লানথেংনসি নংগী থৌবাং তৌরম্মু। পত্রগী মথোন ফংবদা দ্রুপদ ভরুদুনা ! পাত্র মন্ত্রি সভা দরবার কমদুনা নৈনবদা ; ভাব ভাবা য়াওনক্রে। দ্রুপদনা শিখণ্ডী যুবরাজ কৌরু হায়না মন্ত্রিদা য়াথ' পিখি ? দরবারদা নৈনরিবা পাওসি শিখণ্ডীনা তারে ; খুধক্কা থল্লি। ইহাকথক্কগী মাংব তারে, লৈপাক নিংথৌ কনবা য়াগদবদি ; ঐনা, লান য়োরকরিবৈদা নিপা ওইবা ভন্নবদি ? কমবা য়াগনি। ঐনা শিব পুজা তৌজবনা লেংবিরকক্রে, কৈলাশ য়োরগা হাকথেংনা বর নিরুগে ! লমথাংদা নিপা ওজহনবা ভন্না ভন্না লৈরম্মবমু ; মনগে নিংদুনা। সনা রথ থম্না হাপকংলগা সারথী য়াওদবা ; মর্খানা থৌদ্রনা অরাং পাংনা থাউ মল্লী

শক্তিনা পাইরম্মে। আশ্রম খুদিং চংহুনা ঋষিশিংদা, মুপীবু নিপা ওনহনবা ওবা লৈত্রা হংবদা লৈরমদবনা। কৈলাশগী রামা রোরকই। কৈলাসকী রামাদা মহাদেবগী গঙ্গা ইংখোল কোইবা। স্থূনাকর্ণ কৌবা যক্ষ নিপা অমা গঙ্গা মখোং রান্দুনা লৈরম্মী। অহন্দুগী শকক্ম উবদা শিখণ্ডী রথ থারে, চঙঙজুনা দণ্ডবতনা খুরুমজরগা হংজৈ। ইপু মুপীবু নিপা ওনহনবা রাবা মন্ত্র হৈরবদী, ঐঙোন্দা তমবীবু দক্ষিনা সনা কাং মপোৎ অমা কর্চ্চগে, হায়রজৈ। স্থূনমাকর্ণ রাহু তাবদা মুন্না য়েঙতী নিপাসি অণাওবনী মাগী সনা লোখোক্লগে থন্দুনা হায়রকই। নিপা মহাক কনানো শিখণ্ডীনা হায়রকই ইপু ঐ পঞ্চালনিংথৌগী মচা যুবরাজনী মন্ত্রসি হৈনিংহুনা ওবা থিজরকপনী। স্থূনকর্ণনা হায় — এ-- অহওইরবদি মরম ঐ হৈ ; খুদক্তা মুপীবু-মুপা, নিপাবুনা-মুপী ওনহনবা ঙম্মী। হৌজিক দক্ষিনা পীবম্মু, মোঙডালগা মুমিং থোক্রিঙৈ মফম অসিদা থুডেক্তা অহুদা তম্বীগে। হৌজিক্তি মুমিং তাগদৌরে তমবীগে হায়বদু সিদ্ধ রাংলগনী। শিখণ্ডী হুয়াওবা কাংদগী সম্মা ময়ামত্থ হোম্বহুনা কংলে। অহুগা সিদ্ধাশ্রমদা হনখিহুনা অহিংত্থ পম্দুনা লৈরে। স্থূনাকর্ণত্থ সনাত্থ মপোৎ অমা পুরক্কুনা মযুমদা থম্মে, মাগী মুপীদা হায় ইবেম্মা ঙসিদী সনা রাম্বা কংলে। য়োন্দ্রসী হায়না মুপিগা মখোই অনিনা যোল্লগা মযুমদা পৈরে ; মচা মত্ত লৈতে মুমত্থ মখোই অনিদমক লৈ। দুর্ণীকা কৌবী যক্ষিনীত্থ চিংনহুনা হায়রজৈ ; ঙসিগী সনাসী রাম্মন্নি কদাইদগীনো ? স্থূনাকর্ণনা হায় — পূন্নে গঙ্গা থানবা লৈবাক্তৌবদা লৈরমবনী। স্থূনাকর্ণ অচুম্বা হায়দোকল্লে, দুর্ণীকানা হায় লন রাম্না খঙফং কংবসি দবা তাগল্লি হায়নৈকো চেকশিনবিহো হায়রজৈ।

মুমিদাঙ্গি চাবথকপা লোইহুনা তুমখরে, নোঙঙালে যক্ষত্থ শিবগী গঙ্গা ইংখোল শুদবা য়াদে শিখণ্ডীম্ব লাকনী মন্ত্রম্ব হৈতে। লন পাম্বদগী উৎ-পাৎ তৌরগা থাখ্রগে থন্দুনা মুপীনা মীকপ থোক্লিঙৈদা মাগী ভার্য্যাগী ফিজোন্দু নাকন্দা য়েপ্তুনা য়োৎপাক পায়হুনা ইংখোন্দা চংখ্রে। স্থূনাকর্ণ মুপীগী ফিজেৎ শেংলগা মুপী শাহুনা য়োং রান্দুনা লৈ ; তাঙ্গাহুদা শিখণ্ডী স্বামক্রিয়া লাংলগা থুঙজরে। শিখণ্ডী মুপীনি থন্দুনা হঙঙকই হোইবেল ঙরাং ঐমা দক্ষিনা কর্চ্চরম্বা ওঝাত্থ মফম অসিদা লৈবমগে ঙম্মা লাকউ তাকপীবনি। লৈরমদে ঈকেনথোইগী ইম্মংমম্ভং ওইবিত্রা ? স্থূনাকর্ণ হায় ইখুঙেডা করি মহৈ তম্বগী ওঝানো ? শিখণ্ডীনা হায় ঈবেল মুপীবু মুপা ওলহম্মবা মন্নি; ঙসি মফমসিদা তম্বীগনি ঙম্মা লাকউ হায়রহুনা। ঙরাংনা দক্ষিনা লোবীহৌরবনী। যক্ষনা হায় ইবুঙেডা ঈবেগী নপুম্ব লৈজদে লুখ্রানী। মম্রত হৈবা ওঝা লৈ হায়বম্ব খঙদে য়েঙঙু লম্মীহুদা চংথো থেংনবা য়াই। শিখণ্ডী ওঝা থিবা চংখ্রি, তাঙ্গাহুদা সদাশিব গঙ্গা ইংখোল য়েংগে লেঙঙকপদা স্থূনাকর্ণনা মুপী শাহুনা লৈমমব উবদা, সনা পামবদগী উৎ-পাৎ তৌরিবনী থংলে। মহাদেবনা চৈমকই পাপী স্থূনাকর্ণ; লল পামবদগী মিনমহুনা মুপী শাবগী দমন্না লল ফিংজরম্মীবা নিপা পাম্মীবা অহুনা নপ্পি নহুৎ নিপা ওইখ্রসন্ন। নংনা মাগী মহুৎ মুপী ওল্লো মুর্থ ; শিবগী রাখংদগী শিখণ্ডী নিপা ওইখ্রে, স্থূনাকর্ণম শিখণ্ডীগী মহুৎ মুপী ওল্লে। অসোমদা ওবা থিখিবা

হায়না য়াশক লৈখিবগী ভীষ্ম নিংঙৌ ওইদে। মরম অসিদগী হস্তিনা নিংথৌ শান্তনু লৈরক্তুনা সিংহাসন হাংলবদা পাত্রমন্ত্রি ব্রহ্মসভা প্রভৃতি সভা শিনদুনা সত্যবতীদা হায়খী। মরম অসিদগী "সত্যবতী" না মচা চিত্রাঙ্গদ অমসুং বিচিত্রবীর্য্য অনিমক লৈখিদ্রবদা অম্মহিকনুং মুখোইনা মচা থারগদবা অমুক্তা পুনন্দুরদা সত্যবতীগী মুঙাইখিদবা থমোইদি কুরিদা পাজ্জমলুগনি। মরম অতুনা য়াবা নংতনা য়াজ সিংহাসন হাংবা চৌনত্রবা মত্তোঙ থল্লবদা চাবা থকপা, তুম্বা হিপ্পা চুংখিদ্রে অমসুং লৈহৃম থংখিদ্রে। নোংমদি ভীষ্মদা য়ুমপাল্লো নংত্রগা নিংথৌ ওইযু হায়রগে নিংখী। মন্ত্রিসভাগী য়াকমদগীসু ভীষ্মগা জ্ঞানবায়ু হায়বগী মতুংইন্না নোংমদি সত্যবতী মচা ভীষ্মবু অভ্যন্তরদা কৌশিল্লগা নিংথৌ ওইযু হায়খি। সত্যবতীগী ব্না তাবদা ভীষ্মনা হায়কৈ করি য়ানো ইমা! ইমা! পাবুংগী নিংবা থুংনবগীদমক্তা ইমাবু লুহোংবা হাকুক্তা য়াশকখিবহ কাওবিবরা? ইমানা তাকপিনিবা য়াকম অতুদি অচুম্বা ঙাক্কনি। মুপা ঐগী হথৌনি, শাগে মুংপা তারবদি কল্লনবা হোংলকম থোকই। অতৈ অতৈ ইপাই লাই; ইমাগী য়াথং ইনবদি মচাগী অচুম্বা ধর্ম্মনি। অতুম ওইনমক ঐগী য়াশক কাইবা ওগ্ররোই য়াবৌবিগনু ইমা। ভীষ্মতম্বা য়াশক চেংপা থৌনা কবা ইন্দ্রি থুত্তম চনবা, হাইখিবদা হোংদবা ওম্বা অমা লৈতে, সংসাবদা লৈবা মীগী মপোক লাইগী মপোক, যক্ষ, রক্ষ, গন্ধর্ব্ব, কিন্নর, দৈত্য, দানব পুম্নমক্তা লৈতে, সত্যবতীনা হায়খি ইবুঙো নংগী য়াশক অতুম ওইনমক শাগৈবু কল্লম্মু, পিতৃলোকপু লালহন্নু। শাগৈ মাংগদবা লৈরবদী ঐ অমা মাংখিবা; শাগৈবু কল্লবা হায়বা অসিমসু শাস্ত্রগী য়াথী অমুক্তা থল্লু। ভীষ্মনা হাই ইমা হুমিংনা ইংলবা, থানা শারবা মৈনা চাক্কবা, ঈশিংনা চাক্কবা অসিনচিংবা ওল্লকুবা কাওদসু ঐগী য়াশক্তি থাদোক্লমরোই।

ভীষ্মগী ব্না তারগা সত্যবতীনা অমুক হায়রকই। ইমাগী হাক্তক্তা ইচা নহাক্না য়াশকখিবা অচুম্মক্তি, ঐনা থংই; তৌইগুম্সুং লাইগী ব্না তানকমদি শগোলশেল গুকনি, হিংচাবগী ব্না তানক্ম্না ইবাই গুকনি। ইমাগী ব্না তানকম ভীষ্ম নহাক নংতনা কনা লৈতে মরম অতুনা য়ারোগনু ইবঙো। মন্না অমুকুং থল্লু য়াজ সিংহাসন হাংদনবা, শাগৈবু মরী তংতনবা, অমসুং পিতৃ লোক পেলহন্নবা বৃদ্ধি তৌ। অস্মা সত্যবতীনা শাস্ত্রগী তত্ত ওইবা য়াহার কম্মানা হায়রবদা; ভীষ্মনা হাই চুমই ইমা! জগৎনদি ভীষ্ম হায়বহুবু মমাগী য়াথং ইন্দবা তাহৌরগনি। অতুম ওইনমক নিংথৌ মচা ওইনা পোকপা ঐনা, য়াশক কাইববদি ক্ষেত্রি জাতিবু অমদি ইপা ইপু পিতৃ লোক পুম্নমক শোয়দনা ইহাক থক্তা নরক তারগনি। হৌজিক্তি ইনাওমুপী অম্বিকা, অম্বালিকা লৈরিবা অমসুং পুক্তিং শেংলিবা মথৈ থার মুংলোই, মরমদি ক্ষেত্র (লোকম্না) মরুনি। মাংগী মরম নচানা ইমাদা! ইতিহাস ওইবা মথক্তা থোকখ্রবা য়ারী অমা লিজগে; তাবিয়ু ইমা। মমাংতৌদা "যামদগ্নিগী মচা পরশুরাম না" মপা মপু হাংখিবগী লাওবনা মথুংতা শিংজং পাইদুনা মথুং লিশীং অমা পানবা কার্ত্তবির্য্য আর্জ্জুনগী থারা হাংখি। মথংদা ক্ষেত্রিগী জাৎ থম্মরোই

হায়দুনা পৃথীবী অপুবা ৭লক বোয়দুনা কেত্রি থিদুনা হাংখি। অমুকস্থু ৭লক অমুকস্থু ৭ লকহন্দুন কেত্রিগী জাৎ পিশদা গর্ভদা লৈবা কাওবা ৭×৩−২ রক হল্লা হাংখি কেত্রি লৈহৌরে। মতম অদুদা কেত্রিগী মুপীশিংগী গর্ভদা, ব্রাহ্মণগী থার মচা লোদুনা (পোকহুনা) কেত্রি লৈহৌরিবসিনি।

হৌজিক কাওবদা পৃথিদা হন্দোক্নুবা কেত্রি জাতিশিং অসি ব্রাহ্মণশিংদগী কেত্রামিশিংনা বর নিদুনা মচা থার কন্যা পোকহুনা হান্দোকললকপনী। মুপা অদুগী মুপিনা অতোপ্পা মুপা ১গী বির্য্যনা পোক্নবা মচা অদুবু কেত্র অদুগী মচানি অসুপ্পা বেদনা লেপ্পি। ধর্মগী মরমদসু কাইবা লৈতে হায়না হায়রি অমসু ঈশ্বরনসু য়ারি। মরম অসি বেদনসু লেপখ্রবা ঈশ্বরনসু য়ারবা চৎনরবা ধর্মনি অদুনা জগৎ লৈরিবা অসিনী।

* অমগা অমুক হক্ষৎচগে. ঈমা— মমাংথৈদা উতথ্য কৌবা ওম্বোক্না মগুণ চাওরবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরমই। মহাক্কি অজিয়না পোকপদা মনাওনা বৃহস্পতিনী। মুপীনা মমতা কৌই। অদুগুম্বী মমতানা উতথ্যগী মচা ওইনা গর্ভ মপুং ফারবা, অহাংবা তাঞ্জাদা মনাও বৃহস্পতি হৌনজবা লমচৎপু মতৌমদা নিংশিংলক্রে। মমতানা হায়খি, ধর্ম খংবা বেদ হৈবা নহাক্না অদুম তৌবা হৌনব্রা। এগী গর্ভদা নরামবগী জীব অমা মপুং ফানা লৈরে মহাকী লেপ্পা মাংবা য়াত্রবা পোৎশক লৈক্রম থরফম সৈতে, অনী লৈরবদী এনা পুবা ওমলোই মতম চাদে ধর্ম কারবা তৌগনু। বৃহস্পতিনা য়াখিদে।

মতম অদুদা গর্ভদগী অঙাং অদুনা মখোন খোক্না হায়রকই হে ব্রাহ্মণ শাস্ত্র হৈরবা বেদ খংলবা নহাক্না পাপকী থবক তৌগদৌরিবহু তৌগনু। এতোন্দা অমাবা ওইগনি হায়খি। অদুমক্তদা বৃহস্পতিনা হৌনদবা লমচৎপু ব্রাহ্মণীদা চৎখ্রে গর্ভদগী অঙাংনা বার্য্য থাক্নরকইব। লমবী খোংদা মখোং অনিনা ভাকখাকহুনা অরেমবদা হন্দোকহুনা মাংহনখি। বৃহস্পতিনা শাওহুনা অঙাং অসি মংনা পোক্লকপদা মমিং অমি তানা পোকউ য়ানা সংসারদা মতম লেপ্লু মমৈদা গোবিদ্যা তমলুহুনা মীমা ইম্বোক্নবা ওইসনু হায়রমলগা বৃহস্পতি হনখি। সংসারগী মীগী মপোক লাইগী মপোক ওইরবনু মায়াগী মখা-শানবা। কামনা খু মচনবদগী জিবনা ঈশ্বর ফংবা ওমদে। উতথ্যগী মচা অদু পোকলকপদা মমিং ২ তাংগে। মামংদি দীঘতমা কৌরে। বেদদী য়াম্না হৈ গর্ভদা লৈরবউেদগী তাবতদা হৈবক্তবনী। মরম অদুনা মমিং তাংলবসু মগুণি চেল্পি। মগুণ চেনব মরমদগী মযুম পাল্লি ভার্য্যাদি "প্রদ্বেষী' কৌই অমসুং মচা পোকই 'গৌতম" কৌই। মথং মথং মচাদগী মঙ্গ কাও ফংখ্রে। মমিং তাংলবা মুঙাইবা অমা ওইখ্রে। থরা লেরগা সৌভরী বংশদগী ওমলকহুনা গোবিদ্যা চৎলক্রে পুকচেল হোখ্রে। গোবিদ্যা— মগগী মতৌগুম্না ইকাই হকি

* তথাহি। উৎপাদি ত্যান পত্যানি ব্রহ্মানৈর্ব্বেদ পায়গৈ। পানি গ্রাহস্য তনয় ইতি বেদেষু নিশ্চিতম্।। ইতি।।

অরোন অথুপ লৈত্তবা মিংলক মিংলকপদা। অফ'বা অহুদা মুপীগী মকমদা ওইবা মত্তৌনি। সৌভরী বংশনা চৎপা শাক্তং সুরভীগী মচাদগী ত্তমলকপনি। মহ চৎকদবনী হায়রহনা মত্তোন্নগী লৌনহনা মী পুন্নমকম চৎনরক্লে। অহুবু মাগী মুপী প্রদ্বেষীনা রাম্না শাওই অমমু' হায়খি। মমিংকা ত্তাংলে, লমচৎম শা মণগুম চংপদি কম্নিনো? অসিগুম্বা মপুরোইববু নিন্দা ত্তৌরকপদা —। দীর্ঘত্তমহনা হায় মিংথৌ অমগী মকমদা চৎসি লনম পীগে। প্রদ্বেষীনা হায় ঐদি চৎপা ত্তমলোই মচাম মহাকম ঐনা য়োক্লে মীগীদি মুপানা মুপীবু য়োকই হায়বদগী ভর্তা কৌনৈ। অচদা মহাকীদি ওম্ন ত্তৈনরবমী লমচৎম কৎলবদী মংগী সেবাত্তৌবী ওইবা ত্তমলরোম হায়খী।

অচ ত্তাবদা দীর্ঘত্তমহনা হায়খি মুপী হায়বা ত্তাং অসিদি নিপাগী মথাপোমবা নিপাগী মরল 'চাবা, মনিংমথা ত্তম্বা য়াদবা ওইসম, ত্তমগন। লুপ্না ওইরবসু মীনা পামদবা ওইসম। নিপাবু থৌওইপ্রবম মুপী অহ মরক ত্তাসম। অসুম্না দীর্ঘত্তমগী অকনবা জগৎকী মুপী থুদিংগী ওইবা শাপ ত্তৌথিবা অহুদা ইচাশা মপাসে ইশিংদা থাদক মচাশিংনা মপাদো পোত্তদা হাম্নগা পজাদা ইথবে। ত্তাওথরকপনা মুমিৎ কুইনা চৎখ্রবদা মমিংকা ত্তাংবমিনা গত্তি লৈত্রবহুবু বর্ণ্ম লৈরবা বলি মিংথৌনা লৌশিন্নুনা য়োকথবে। ব্রাহ্মণগী গুণ খংহনা বলিনা হায়জখি, ঐগী শাগে চাওহনবীয়। দীর্ঘত্তমহনা হায়, অহ ওইরবদি মংগী রাণী থাবকউ। নিংথৌনা মহারাণীদা মম শেংনা হায়খি; হন্নক লাক্লিবা ব্রাহ্মণ অ'স মগুণ লৈবনী নং ঐদি ইচা ত্তাংই অহনা মাত্তোন্দগী থার রাম্না মশারা লৌহৌ, ঐনা য়ারবদি দোষ লৈত্তে ইচা য়াবা ঐনা পামই মরম অহনা ব্রাহ্মণ সেথা ত্তৌক। মপুবোইবা বলি নিংথৌগী রাহায় ত্তারবদা হিক্তোকপম ত্তমজদ সুদেষ্ণারাণীনা হাজোইহনা মনাই ত্তত্রামী থাহনা সেবা ত্তৌহনহনা থমখি। ত্তত্রানীগী গর্ভদগী মচা ১১ কাক্লিবাম্ন চিংবা পোকখি। চাওয়কলহনা বেদ ত্তমলে। মোংমদী বলি নিংথৌনা অত্তাংশিং অহুগী মরম হংবদা শুদ্রানা নিংত্তোলগী মচানী রানী লাক্লে হায়খি। অহল ওইবা মমিং ত্তা'বা ঐবু পোওই মবননী হায়। শাওবিগম এনা থাজরক্লে থৌজানবীয় হায়জখি। অহুগী ত্তু'দা নিথৌনা মচাধারা রাম্না ছন্দোকপা। শ'গৈ চাওথোকপা পাম্বদগী নি'থিবা রাহৈ কয়ানা বলিনা সুদেষ্ণা রাণীদা —ইবেম্মা দেশ লেত্তে ব্রাহ্মণদগী থারা লোহৌ মপুরোইংগী ব। ত্তাবনা মুমিং অহুদগী রাণীনা ব্রাহ্মণগী সেবা পৌখি মনং মথং মচা মঙা ফ'খি। জঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, পুণ্ড্র অমসুং সুব্রহ্ম অসিনি মঙামক্না ব্রাহ্মণনা বর পিখি, লৈবাক অমমমদা নিংথৌ ওইয় ১সুং নথোইমা পানবা লৈবাক অহুসু মমিং চংসম নথৌয়সু অফাওবা ওইয় হায়না বর পিথবে। বলিগী মচা ওইগৌরে মচা লৈরম দবদগী মুংত্তাইজরে, বঙ্গনা পানবনা বঙ্গ, পুণ্ড্রনা পানবনা পৌণ্ড্র দেশ কলিঙ্গনা পানবনা কলিংগদেশ। অমসুং সুহ্মনা পানবনা ব্রহ্মদেশ হায়না মমিং কাওখি। অসুম্না পাত্তালদা লৈবা বলি বৈরুবনিংথৌনা ব্রাহ্মণদগী বর রানীবু লৌহল্লি। ভীষ্মনা সত্যবতী য়েংহনা হায়খি,

ইমা মসিগুম্বা ব্রাহ্মণা বুলিগী শাগে শন্দোকখি। মরম অসিনা ইমানা মুপী অনিদা থারা শন্দোকখিবা বা ঙাম্বীবীরবা? শাগে মুৎহনবগম্ব হায়রনা ন্নোম্লকপা রাহায়না ইতিহাস লিহনা হায়রে। ভীষ্মগী মা তাবদা সত্যবতীনা অমুক হায়খি; ইচাগী বা অসি তাবদা ইমানা বাখল্না নিংশিংবকলে, ইকাইবা থাদোকহনা নত্তোন্দা হায়রগে তারো ঐনা অঙা ওইরিঙৈ ইপামদা লৈরিঙৈদা ওহিং নমলম্মী, ইপানা মহাহত্রহনা, যমুনাদা মমল য়াওদনা ঐবু হি লাংবী ওইহন্দুনা থমই। মরমদি কনাগুম্বদগী মনম কোকপা কপা য়ুংনননবগীনি; নো মদি পরাশর লাকই, ঐভোন্না মপুক্লিং চংখি। মচু ঐনা তোর্বাম নাক য়েক্তা মী য়াম্না লৈ ইকাইজে হায়বদা মুনিনা মিক্লিগী মচুা। ইয়াইদা লৈচিন থাহল্লী মনুংদা ঐভোন্দা ইচা পিখি। পোকপগা ঐভোন্দা হায়রমই, ইমানা কাম্নরমদাইদা নিংশিংলকউ লাকনি হায়রমই, মহাক্কি মমিং "ব্যাস" হায়নরিবহনি। মহাক্কি বেদবু শরক মরি খোক্রা খাইদোক্লনা পাঠ তৌহনা বদরিকাশ্রমদা লৈবনি, মহাকপু ঐনা কৌরগেদো মহাকসু ইচানি। মা অহ ভাবদা ভীষ্মনা হরাউখি অমসুং মমাদা হায়খি অহ ওইববদি ইমা 'বেদ ব্যাস' বু কৌখিরো, ইমানা হায়রবদি শোয়দনা লাগনি। ইনাওশিংদা থার পিহনা পাবুং ইবুংঙো শান্তনুগী শাগে কনসি। হৌজিক ইমানা তাকপিরি, ধর্ম্ম, অর্থ, কাম অহুম থম্নবিরে। ইমাবু ঐনা শাগৎচরি, প্রবক্ত তৌত্রবৈশী মমাংদা ইকাই হকি থাদোকনা মুন্না থম্নবসিনা অচুবা ধর্ম্মনি। ইমাদি মুপী মরক্তগী পণ্ডিতনি, ইমাগুম্বী ধর্ম্ম থংবী অমা লৈবমগনি নিত্রে। ইমাও মুপীশিংগী মঙ্গল ওইবগনি অমসুং চন্দ্রবংশ শাগে য়াইফরক্লগনি। মরম অসিনা ইমা বেদ ব্যাসবু কৌবাবগা; চন্দ্রবংশ শাগেবু মঙ্গল ওইনবা; ইনাওশিংগা তানরীয়ু।

বৈশম্পায়না হায়– তাও জন্মেজয় মহারাজবু, সত্যবতীনা বেদব্যাসবু কৌরে, মহাক্কি ঈশ্বর শক্তিনা ংজেক্তা তাবা ওমই; লাক্লে মমাগী মমাক্তা বেদবু মচিন্দা থিব খিবহনা থুংলরে। মমাদা ভক্তি তৌনা খুরুমই অমসুং মমানা মচাবু চংশিবা প্রেম্না কোনবদা অমৃত নংথরক্লনা মশাবু চোংখিয়ে। মুনিগী কমণ্ডলুদগী জলনা সত্যবতী স্নান তৌই, অতগী মতু দা ব্যাসনা মহাকপু কোবগী রারমু নোল্লকপগা লোইননা হঙৎহুখি। ইমানা ওসি নচাবু, কৌবিরকপসী, করম্বা রাক্ম তাকপিগদবা লৈবগে নচাদ্রা ইমানা তাকপিমিংবা তাকপিয়ু।

সত্যবতীনা মচা ব্যাসগী খুজেং পাইহনা হায়খি, ইবুঙো নহাক্না ঐগী গর্ভগী ইচা অহনি, ননাও অনি লৈরে, বিচিত্র বীর্য্য লৈত্রবদা নিংথৌগী আয়ন হাংলে শাগে মুৎলে। ননাও মুপী অনিদি বহাডাক্পনি মচা ফংবা মতম চাবিবী ওক্তনি অমসুং সকীনী, ইমাবু থক্তনি থম্মুনা ইমানা হায়বা লমুক্তং তাকলম্মু। চন্দ্রবংশ মুৎপা তাররদগী ইচানা কল্লম্মু। অসিনচিংবা বারম্ম কুয়ামহুম্ম ওইবা মম্নক্না ভীষ্মগা থক্লিবা বা অহুগী, মরমদা সত্যবতীনা শম্মোই শোক্না ব্যাসদা হায়খরে। সত্যবতী মমাগী বারমু অসি তারগা; ভুত ভবিষ্যৎ বর্ত্তমা উবা ময়া মুনি, ভাক মঙ্গল তৌরগা! ব্যাসনা শুমেথি ইমা;

করি য়াগনা কৰিগুৰদা হাইনা হৌনত্ৰবা য়াওংঙা ওইরবসু ভৌইগুম্বসুং ইমা ইপাদি অথোইবা গুরুনি ! অহুগুম্বা গুরুগী য়াথং ভাঙবা হৌনদে। য়াসি হায়রগা মাংদা থোকখিবা, ভুংদা ওইরকদবা থৱৰদা পুন্নমক উবা ওয়হনা মমাদা হাইখি। ইমা ! ইনাও মুপীশিংদো চহি অমা ব্ৰত তৌহুনা ব্ৰাহ্ম ভুজন কংলগা "কৃষ্ণ" ধ্যান তৌহুনা লৈহল্ল ধার কংগনি। সত্যবতীনা হায়—কুইমনখ্রে নিংথৌকম হাংবা ইমা পামদে অমসুং হৌমদে, মরম অহুনা য়ারবদি ওসিমক নমাওশিংদা কৃপাগী বর পীবিয়ম্ম। মমাগী য়া ভাবদা বেদব্যাসনা য়েঃ অহু ওইরবদি ইমাগী নিংবা থুংলগা লোইরে, ওসি অহিং নোংয়াইদা ঐ লাকনি। মুক্ত স্নান তৌরগা শেংনা কৃষ্ণ ধ্যান তৌহুনা লৈহল্লম্মু অমসুং ঐবু কিদনবা ইমাদা হায়-বিরমউ মৃত্তি অসি নংতবা শককয়া ঐনা লাকনি, হায়রয়গা মমাবু খুরুম্নমলগা ব্যাস মুনি হনথে।

হয়াউহনা সত্যবতীনা মমৌ মুপী "অম্বিকা"দা য়ারম পুন্নমক শিন্নকরে। সত্যবতী মথুংমক্ য়াওনা শয্যা শেম্বা য়াওরয়গা হন্দোকখি। অম্বিকানা মুনি লেংগুরুপা মুংশিবিনবা, শেম শাম্বপা ভাইহুনা লৈখি। অহিং মোংয়াইদা ব্যাস মুনিনা কৃষ্ণ বৰ্ণ ওইবা মচুনা নিংথিরবা ! পিঙ্গল বৰ্ণ কোরি কাবা মচুগী জটানা শাংলবা, অমসুং য়াং চাউরবা অকিবগী মশক ওইবা শককমনা অম্বিকাগী জগাদা লেংশিল্লক্লে। পোকতৌদগী উমত্রিবা শককমনা থংহৌদনা উরুবদা অম্বিকানা কিনা কিনা চংশিন্দুনা খুরুমজখি। ব্যাসনা শয্যাদা লেংশিন্দুনা পোথাথে, মতম অহুদা কিজখিবনা অম্বিকাদি মমিৎ উইশিন উইশিন্দুনা মুনিগী সেবা তৌখি। মুনিনা অকনবা নচাম্বপা অমা ফংজৌ হায়রবগী মওংদা থৌজাবীহুনা মচা ধার পিবিথে। মোংঙায়গা উরুজথোক্লগা মমা সব্যবতীদা চংদুনা ব্যাসনা খুরুমজখি। ব্যাসনা হায়রৈজে হমাগী য়াথংবু নচানা ভাকচরমলবনি ! নচা অমুক হঞ্জথগে ইমা।

সত্যবতীনা ব্যাসদা হংখি, ইমাগী নিংবা থুংহল্লব্রা ? ব্যাসনা অহোই ! ইমা ! শাম্ব অযুত অমগী পাঙনমুম কল্লবা মুপা অমা অম্বিকাগী গৰ্ভদগী কংগনি। মহাক্তী মচাম্বপা ১০০ পোকুনা চন্দ্রবংশ চাওথংলগনি ; তৌইগুম্বসুং মমিৎ অনিমক্তি ভাংনা পোক্লগনি ; তাংলগনি। মহুদি নমৌনা মমিৎ উইশিন উইশিম্না বর লৌহৌবননি। সত্যবতীনা কাযরকই ব্যাস অহু ওইরবদি মাংলেন্দনা ! অমুক লুনা খয়গনা কল্লদোরিবা ধারবু, মমিৎ তাংহনবদি সত্যবতী ইমাদি কম্বি ওইরসিগে, ইমাগী লাইবক অসি ওস্থোক্লা থিরেদা ! মমিৎ তাংবা নিংথৌ ওইরবদি ফজবা ওহরোই, ইচানা ধার অমগা পীরথো। ব্যাসনা খুমখি, ফগনি ইমা, মতম চানা মিংশিংবিরকউ হায়মশগ, ব্যাস হনথরে। অহুগী মতুংদা অম্বিকাদো পা ১০ গৰ্ভ মপুং ফাবগনা মচাম্বপা অমা পোক্লে, মমিৎ অনিমক তাংডি। মসিনা নবুধৌ ধৃতরাষ্ট্রনি ভাও জন্মেজয় মহারাজ। মুনিদগী বর লৌবা মতমদা, কিবদগী মিৎ উইশিন্দুনা বর লৌবগী দবনা মিং তাংবনি। অহুগী মতুংদা সত্যবতীনা অম্বালিকা হায়না কৌবী মমৌনা ঋতু স্নান মতম চানা ব্যাসপু কৌরে অমসুং মমৌদা য়াবোল পুন্নমক শিন্নবে। অম্বালিকাদি মমিৎ উইশিনহুনা মচা মমিৎ তাংথি হায়বা থংনবদগী মমিৎ পাংথোক্লুন মুনিগী সেব তৌথরে তৌইগুম্বসুং মুনিবু কিজ-বদগী অম্বালিকাগী মশা অঠ ঈচেল অমা ওইখিহুনা, পাণ্ডু বৰ্ণ (লফুপৈম্বন মচুদা নাপু হায়কেং চংবা) কুচুনা ওইখি। মতম অহুদা অম্বালিকাদা মচা পিরমলগা স্নান তৌহনা মমা খুরুমখি। ইমা হন্দকি

নগুদি পাঙ্গল কনবা, মশক মতো ফজবা মমি'না পৃথীবীদা শিন্থুনা কাওরবা অমসুং ধর্ম্ম লৈবা ওইগনি তৌইগুমসুং ঐবু উবদা অম্বালিকানা কিবতনা কুচু তাইফেৎ তাইখ্রে, অদুনা নগুগী কুচুদি পাণ্ডু বর্ণ ওইগনি, মমিংস্থ পাণ্ডু কৌবিয়ু। সত্যবতীনা অদুদি হে ব্যাস কমদৌনি ইমাদি নিংবা থুংগ্রি ইশু ১গা পামই। ব্যাসনা হগনি, ইমাগী য়াথং ইগ্রগনি, হায়দুনা মমা থরুমগা ব্যাস হনখ্রে। অম্বালিকা গর্ভ মপুং ফারদুনা মুমিং গুনা মচানুপা অমা ফংজরে, পাণ্ডু বর্ণনি ; মমিংস্থ পাণ্ডু কোরে। অদুগী তুংদা চহি অমা কারক্লে, সত্যবতীনা মমৌ অম্বালিকাদা অমুক হায়খি ; ইবেম্মা কুচুনচিংবা চম্খোনবা নচা অমগা নিথিসি। অসিগী হায়রগা ব্যাস কৌখি, শয়ন গৃহদ লেংশিনখ্রে। মুমিং অদুদি অম্বালিকানা কিদুনা মনাই শূদ্র নিংডোল অমবু অয়াম্বা কিজেৎ লৈতেংবিদুনা থুৎ শিন্দুনা মুনিগী সেবা তৌহনখি। নহা ওইরিবী মশক মতো ফজবা অমসুং সেবা হৈবী অদুব ব্যাসনা গুং শবাদুনা মচা চংখোল্লবা মুপা অমা ফংজৌ হায়না থৌজান পিবিখ্রে। ইবেম্মা নংগী বেবহাব অসিতন লেহা মাংদবা ওইদুনা নচা অদুদি ধর্ম্ম লৈবা, সাস্ত্র খংবা, রাজনিতী চুম্না চৎপা অমসুং ইন্দ্রিয় থুতম চনবা ওইসনু হায়দুনা শূদ্রানী অদুদা নানবাখরে। মনিনা বব পীবা মতমদা ধর্ম্ম কোবা লাইগী শাপ ংখিদুনা গভ ওইথিবনি।

মোডাল্লগা ব্যাসনা মমা সত্যবতীদা রাবোল পুংক হঙ্গংলমগা বদ্রিকাশ্রমদা হনখরে। শূদ্রানী গভনা থাঙ্গেশেংনা ধর্ম্মরাজ "যম"মরা চংদুনা মাং ক চম পোকখ্রে ; বৈশম্পায়নৈ হায়খি হে রাজন হন্দকী মচা অসিনা বিদুর হাঙবা নবুরৌ অদ পোকাববনি। চন্দ্রবংশ অমসুং হস্তিনা নিংথৌ হান্লমলবা লেবাক অদু ধৃতরাষ্ট্র, পাণ্ড অমসুং বিদুর পোকুনা অমুক চাউখংখি। চন্দ্রবংশগী ধান অদুম অসি লৈনবদা, সত্যবতীগী ভীষ্মস্থ চংভ ইবে॥ পাং মন্ত্রদা শিন্নদুনা ভীষ্মগা শক্তিনা লৈপাক ভাকই, মহাভারতকী রারী অসিদি অমুংগী মশারি। কাশীরামদাসন ব্যাসংগী শ্লোকগী পদ ওইনা লেংথোকখি। তৌফিক মাসিবু মনিপুর পৌবানাক পবিসদনা ম ংলোম্মা ইথোকসি হায়নবা রারেপ য়াথং মতুং ইমা ভারত পুরাণ ফংজব থবদগী লে শিজদুনা সবশ্ন গী রূপা লৈববা ওবা ইবুঙো পাণ্ডিত-শিংগী লিবিবম্মা রারীগী পথাপ য়েংজকবদগী শংদহ মহাভরত শৌবং, পইনা অতাংসি ইমালোন্দা শ্রীকোমচা সিংহ ত্রেগী শরুক ওইনা ইথবনি হাত। হরি-হরি-হরি।

## অধ্যায় ঃ—
## যমনা মাণ্ডব্য মুনিগী শাপ ফংবা মতাং।

জন্মেজয়না হংখি, মুনিনা লীথি মমাংঙৈদা "মাণ্ডব্য" কৌব ব্রাহ্মণ মুনি অমা লৈরমই। লাই-নিংই মৌনব্রত কোনা রাডাংদব লাতনিং অদুদ চহি কয়াকুম উখোংদা লৈরমই। নোংমদি লৈপাক অদুগী কোনুংদগী নিংথৌগী পোং হুরানখিদুনা তাম্রবকপদা মাংব্যগী মনাক্তা পোং থনমলগা হুরানব-শিংনা তপবন অদুদা লোৎখরে। নিংথৌগী মনাইশিংনা মুনিদা হংবদা খুমখিদে। বন অদুদগী

হুরানবশিংছু ফংগ্রে, অমসুং রাঙাংদহুনা লৈরিবা অসিবু হুরানবনি তৌশিন্নবিবনি হায়নরহুনা ফাহুনা পুরগা হুরানবা মানগা কোন্না ফারে হায়না নিংথৌদা হঙ্গৎখি, নিংথৌনা টানা লেংলগা লম্বী মনাক্তা ফোহুনা থম্মু হায়না য়াথং পীখী, মুনিবু শৌজদগী লেংবনা লরাই লেফ্দ টাঙ্গিন কাওহল্লগা য়ুংহুনা থম্মী।

নোংমদি অতৈ মুনি মরায়া থেংনকহুনা কবিনো তৌরিবসিদি হায়হুনা হংনবগা টা শংকে হোৎনবদা শংপা ঙমখিদে। বংঙ্গণশিংনা মাণ্ডব্যগী দম্বাত উবদা চঙ্ঙকুনা নিংথৌদা হায় মুনি অথোইবা মাণ্ডব্যবু টানা লেংহুনা থম্মীবা কবিগীনো? রাজ তাবদা নংথৌ কিহুনা চেঙ্খোক্লকুনা টা শংপদা য়াদ্রে মুনিনা ককথংলু হায়হুনা অহেনবমখৈ ককথংখি, পাত্রনা হায়জিন্দুনা লৌবনি দোষ লৌবিগনু হায়হুনা নিংথৌনা হায়জবগা পক্লা কহে মাণ্ডব্যদি শাণ্ডদে, রাদে, নাদে, হৎমাদ সংসারগী অরাগুবাই চপ মাহ্নগা থম্ম মবা মাণ্ডব্যন। নিংথৌদা হায়বকই মগাবাজ নংদি, মনাশিংগ রাদগী থঙহৌদনা থোকখিবনা; লৈহারো ঐ চংনগে। অহুদগী চংখ্রগা মাণ্ডব্যনা যমদা চংকুনা এবু টানা লেংবসি কনি দোমননো হঙ্খি? যম্না হায়, নহালমুক্তী মপোক্তা অঙাং ওইরিঙৈদা কৌজং ফাবগা ইকা অমনা টাগ মহাগুম্না কৌজেংগী শৌজ অমাংথোংদা লেংহুনা অরাবা পিশ। অহুগী দোষনা কংবানি, মানা তোবা কনগী মৈ অহু মীনা ফংবা য়াদে মবম অহুনা মুনিনা ফংবনা যমগা রাজ অসি তাবনা মুনি ধ্যান তৌহুনা য়েংবদা চাহ শুদ্রীওদা তৌখিবনু উখ্রে। মাণ্ডব্যনা হায়খি, হে ধর্মরাজ, অঙাং ওইরিঙৈ চান লৌরিঙৈদা তোববুংচপ চাবা মরাল পিশিনবা, হায়বসি; বিচার হৈতনা অমুক রাবা দণ্ড পিবনি। হাকমল্লি বিচার হৈমন্দে মবম অহুনা, শূদ্রগী গর্ভদা চংহুনা মীওইনা পাকুনা চহি মতম কয়ামকম লৈকরে। অসি হায়বগ মুনিনা অমুক হায়খি, ঙসিদগী হৌহুনা চহি মন্দা লাঙ্খোক্রিব অঙাংনা লৌবা থবক্তা পাপ লৈতবা ওইবসনু হায়খি। মবম অসি লৈবনা যমরাজগা শাংকনা লাকুনা বিদুর ওইনা পাকই হায়বদি অসিনি।

মহৌ অসুম্না কুরুবংশগী মচানিপা অহুম অসিবু ফংলবদা! ভীষ্মনা মচাগী মঙ্গোল ওহনবা দান কয়া তৌহ; যজ্ঞ কংলি পুরাণ শ্রবন তৌই। মচা অহুম্বু ভীষ্মনা চাওনবা য়োকখি, লাইরিক লাইগু হৈহল্লি ধনুর্বিদ্যা তম্বাহুনা মংক চানা হৈহল্লি। মচা পাণ্ডু অসি মপাঙ্গল কল্লি বিদ্যাদা চওখোনবা, মগুণ চনবা শক্তি লৈবা অমা ওহপি। মনাও বিহবনা শাস্ত্রগা ওইবা, ধর্মদা পুনিং চঙবা বুদ্ধিদা পণ্ডিত ওইবা; অথোইবা বৈষ্ণবাক পুবচেন্না মহোন্দা তিল্লি। ভীষ্মগী শক্তিনা লেপাক ঙাকুনা মচা অহুমবু য়োক্লকপাস! যৌবনগী বয়স ওইবক্রে। মচায়াইমা পাণ্ডুনা চহি মাপল শুনকপা মতমদা; ধনুবিদ্যা তম্বা লোইহনা কাণ্ড অমা তোংহুনা থুংমু খুলাই কয়ামুক হাপকংলগা, লিকং তেন্দোং লোইননা ভীষ্মগী য়াথং লৌজহুনা! তেঙ্গোন লাম্নি য়াওদনা উতম বিজয় চংলকই। পাণ্ডুগী শক্তিনা পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক জয় তৌখি। পাণ্ডু মচাগী মগুণ উবদা ভীষ্মনা। পাণ্ডু মচাবু রাজ আসন্দা থাগহুনা, রাজ অভিষেক তৌরে। দেশ খুদিংগী

কারকপা লোয়পোংনা ; পাণ্ডু রাজগী হস্তিনা লৈপ , কুরুবংশগী লনথৈগা মায়থরে। ভীষ্মনা মচা অহুমগী মথৌ নুংহোলগে খল্লকুনা। ভারতবর্ষদা পাল্লিবা নিংথৌগী ; মচানুপী রাজকন্যা মতিক চাবী য়েংশিল্লে।

মতাং অসিদা যহু শাগৈগী নিংথৌ মচিন মনাও, সুবল কৌবা সূরসেন কৌবা অনি অসিগা ভোজ বংশগী নিংথৌ মচিন মনাও। গন্ধার কৌবা কুন্তভোজ কৌবা মচিন মনাও অনিগা মরূপ শায়হুনা রায়া চায়হুনা লৈ। মখোই মরি অসি মুংশিনবদগী, মচা হায়া পোক্লকপদা পোকক্রিবা অহুনা লৌহুনা মচা ওইবা, অমুম্না পীনসি হায়নহুনা রাশক্লে। মতম খরগী তুংদা যহু শাগৈগী নিংথৌ সুরসেনা মচানুপী অমা পোক্লে, মমিং সুবলিনী কৌরে। সুরসেন নিংথৌম্ম মচা সুরসেনা কৌবী অমা পোক্লে, পোকপগা পাও তাকনৈ, পাও তাবদা লাকহুনা ভোজ বংশগী নিংথৌ গন্ধরাজনা, সুবলগী মচানুপা সুবলিনী পৌথি। কুন্তভোজ নিংথৌনা, সুরসেনগী মচানুপী সুরসেনা লৌথিহুনা মচা ওইনা য়োকখি। সুবল নিংথৌনা রাশক চাকপগী পুন্যনা তুংদা মচানিপা চাম্না পোকখি, মচা সুবলিনীবু গন্ধারগী মচা ওইখিবদগী গন্ধারী খোনগ্রে। সুরসেনগী মচানুপী সুরসেনাবু, কুন্তভোজগী মচা ওইখিহুনা মমিং কুন্তী কৌখ্রে। কুন্তীবু মবুক তপ্পদা পৃথীগুম্বী শায়হুনা, পৃথা হায়নসু কৌনৈ। মখোই অনি অসি গন্ধারীনা খা মণ্ডাংবামদমক হল্লি, কুন্তী-গন্ধারী মশক মতৌদসু মতিক চানা ফজৈ, সতীগী লক্ষনী মখোই মমিং চংলী। সুরসেন নিংথৌসু ধর্ম ভাক্লা চংপগী ফলনা, তুংদা মচানিপা বসুদেবনচিংবা মরি পোকখি। গন্ধার কুন্তভোজ মচিন মনাও অনিসি, কোনুং অমত্তদা পুম্না নিংথৌ ওইমিন্নবগা। আসন অমত্তদা ফম্মিন্নহুনা রাজভোগ চামিন্নবা নিংথৌনি। গন্ধারী কৌবী কন্যা অসি, যুবতীগী আত্মঋতু ওইরকপদা। লুখ্রা ওইয়ু হায়বা মমিং থাবান নক্ষত্র দণ্ড শোক্লা লাকখি। মহুগী দোষ কোক্লবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিতশিংনা শিবা প্রায়শ্চিত্তকী মতুংইন্না ( মেষ ) য়াও কন্নবা লাবা অমা লুহোংবা ফান্দা থাঙ্গংল।। গন্ধারিবু ৭লক য়েংওইননা কোইহল্লগা লৈপরে অমা হুকহল্লী। অদি অমা গন্ধারীগী শয্যাদা পুল্ল খমদা য়াও লাবহু নো পাল্লকপদা শিহুনা লৈবম্মী। মাত্তদা লুখ্রা ওইগদবা দষা অহু কোকখি। গন্ধারীগী মশক মতৌ ফজবা মতিক মগুণ চেনবী কন্যাগী পাও তাবগনা ভীষ্মনা ধৃতরাষ্ট্রগীদমক পাত্র থাহুনা হায়তনখরে। হস্তিনাদগী দূত লাক্লুনা, সুবল নিংথৌদা অমসুং গন্ধারদা ভীষ্মগী য়াথং পা পোইননা গন্ধারীবু হায়জখি। গন্ধার অমসুং সুবল নিংথৌ অনি খল্লবদা মমিং তাংবগাদমক চিনৈ, অহুবু কুরু বংশনা পৃথীদা অংপাইবা শাগৈনি, সম্পত্তি পদবী য়েংবগা ভীষ্মবু কিবগা পীবা তারম্না হুত্তা পাও অরেম্না পীখরে। গন্ধারীবু মোপ্পা শকুনিদা শিন্নহুনা শগোল শান্ন রথ দাস দাসী জৌতুক হিরা মণী রত্ন, গোমহিষ মতিক চানা শেম শাহুনা ব্রাহ্মণ কয়ামুক লোয়নহুনা গন্ধারীবু সনকপ্পা দোলাইদা তোংহল্লগা হস্তিনাদা পুরকখি। হস্তিনা পণ্ডিতশিংনা অফবা তিথী য়েংহুনা। ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারী অনিগাদমক মঙ্গল ওইনবা দান কয়া তৌই কুশ্মে তৌই। গন্ধারী সতী খাধানীগী পুকচেল চেল্লবী ওইবনা ; মপুরোইবগী মিৎতাওত্তী

তাবদগী; কল্লজী ফিরোন তরেং মাইথুম হাণ্ডনা ধর্ম্ম ঙাক্লবগীদমক মথিং অনিবু খুমজিনখিহুনা উখিদয়ে। হস্তিনা য়ৌক্লকুনা ধৃতরাষ্ট্রদা লুহোংলগা দাস দাসী লোইনবা চামা চামনা থুজিং ওই-হুনা অউনপোংকা লোইনমা কংলমলগা শকুনি' ব্রাহ্মনশিংগা লোইননা মরৈবাক্তা হনথি; গন্ধারী অসিবু সতী স্বাধ্বীনী হায়বা মগুন অ স কাওথি। অমম্তুং সতী আস কুন্তীনা দুর্ব্বাসা সেবা হাক্তা রাজ পাটেশ্বরী ওইযু নচানিপা চামা পোকউ হায়মা দুর্ব্বাসানা বর পীরম্নবনী। অসিগুম্বা মহা-ভারত আদি পর্ব্বগী য়ারী অসি অমূত্তা মাম্নবা তাজবদা অমম্তু' পাজবদা। তীর্থ থুদিং লমতিত্তনা পাঙ্গল থানা চত্তুনা স্নান তৌরুবগী ম.৫ অহু কঙ্ডা। অগুহ্না শ্রীবেদ ব্যাসনা ইবম্নবা সোইবা য়াদ্রবা রানি; মাসবু তোল্লবা শ্রী৺তোমচা সিংহনা মৈতৈ ইমাসোম্বা ইজবনি। ইতি॥ হরিহরি।

---

অধ্যায়.--

# কুন্তীনা দুর্ব্বাশা সেবা তোবা কর্ণ পোকপগী—

## য়ারী মতাং।

নৈমিষা বনদা পুরাণ তারিবা শৌনকচিব। মুনি মথায়া হঙথী? হে সোতি কুন্তীনা দুর্ব্বাসা সেব তৌখিবা' য়ারী অমুত্তা লিখে।। ব্রহ্ম সভাগী রাতাংবদা সোতিনা হায়খি; তাবিযু মুনি সত বেশম্পায়ন মুনিগী মফমদ? ভারত তারব পরিক্ষিতকী মচা জন্মেজয়না হঙজখি। মহামুনি কুন্তী হংবন্ধোনা দুর্ব্বাস মুনিগী সেবা তৌখিবা? অদু গন্ধারী মচেচ সেবাদি তৌদনা বর কংখা হায়বসি তাবদা চিংনে য়ামনা শুগাংনা লিবি। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই, তারো মহারাজা অত্রয ঋষিগী মচা দুর্ব্বাস মুনি; মতম কুহনা চাদ থবনা! চিরবা বন্দা তপ তৌই। কুম মনলকুনা দেকেও তোং য়াওরকরে; লুদা উম্না কুপই হাযবত মঙাংবে। পাঙ্গল য়াওবকত্রে মুনি ধ্যান কায়রকহুনা রাথম তৌই; ঐগী তপ অসিনা কুহনা চাবক থক্লত্তবনা পাঙ্গল য়াওরক্রে। ইন্দ্রি অসি লাক্রমল্লে মতম থরদ' বাবনা লৌহুনা হন্দ্রিংশ পেনহলগে। হকচাং অসি অমুক্তং থাকউখিগে অসি থন্দুনা। যোগ আসংদগী হৌগকুনা লাকপসি কুন্তভোজ নিংগৌগী থোংদা থুঙজয়ে। মুনি লেঙজকপা উবদ দ্বারীশিং মুনির দণ্ডবতনা খুকখী; আসন কংলি করি তাকপীগদবা চৈবগে হঙগংলি? মুনিনা হায় ঐ মতম কুইন চাবথকপা থাদোক্লনা তপ তৌকর! ব্রতগী বারনা চাবা ওইনা মঙানি তম্নানিদং হকচাং থাক্কে লাকপনি। মবুঙেডা কুন্তভোজদা হায়ক, ঐগী সেবা তমগদবা চৈরগা চঙডক্কে; তমোই হায়রগা চংথিগে, থুনা মরোন অমত' লোক ঐ ঙায়রমখিগে মুনিগী য়াথং তারবদা দ্বারী চেপ্তিনখিহুনা, কুন্তভোজ নি থোদা খুকমহুনা মুনিগী য়ারম পুরমক হঙংলী। দুর্ব্বাসা মুনিগী সেবা থরবদা কিমহুনা মুনি থাদোকখিবনা কৈ হায়না মন্ত্রিশিংবো নিংথৌদা

হন্দংখরে। নিংথৌশু মুনিগী সেবা পুবিনবা লৈতবদগী থোবক্তুনা মুনিবু খুরুমজরগা। মুনিগী সেবা পুবা ওমগদবা মী অমত্তা লৈরোইদৌবে, রারোবিগনু হায়না হন্দংচখি। দুর্ব্বাশা মুনিনা হায় করে মহারাজ ; ঐ ওমগদবা মকম অমা থিরুরগে লৈহৌরো ; হায়রমলগা মুনি অমুক লেঙখরে।

পাণ্ড অসিবু কুন্তীনা তারহুনা চেহ্বোক্ললগা। মপা নিংথৌ খুরুমহুনা হায়রে ; পাবুঙ মহারাজ ব্রাহ্মণগী সেবা ওমদহুনা তৌখিদে হায়বসি ইপাগী মিংচৎ থিবনি ; মুনিগী সেবা মচানা তৌজগে মুনি লেংশিল্লুথিসী হায়হুনা। কুন্তী মপানা খাপ্পা য়াদহুনা, দুর্ব্বাসাবু ভায়রকুনা মুনিগী মাংদা। খত্তুনা খুরুমজরগা হায়রে। মুনিদেব অমুক্কা লেংশিনবীখো, মনাই সুপীমচা গুরুদেবগী সেবা অমুক্তা তৌজগে, সেবা ওম্মোই হায়হুমা মুনিবু থাদোকখি ফাবদা ঐ চেঞ্জবকপনি। কুন্তীগী য়াহৈ অসি তাখদা এবিন্দজেল কত্তবা দুর্ব্বাসানা হায়রকই ; মপা মচান নপা নিংথৌনা ওম্মবোই হায়হুমা চংলব ঐবু। নংনা ওমগনি হাযবদি নং ঐবু উসিত্তবরা? উৎ ওইবু হায়না শাপ চৈরগেদো ? মুনিগী রা তাবদা কুন্তীনা খুৎ লোমংনা হাবৈ ; করি য়ানো মুনিদেব ইরান লৈজদবী ঐবু ; তুমহন্নবদি সুপীমচা হাংপগী পাপ ফংলোইরা ? ব্রাহ্মণ ওইবগী ধর্ম্ম, মীম তৌজবা সেবা, কচ্চবা দান, পেনবীবৈবা জীববু থৌজাল হৈবনী, শান্তিবীগনু। ইপানিংথৌগী শাত্র মন্ত্রি কত্তবদগী থোকখিবনি ; পৃথীবীদা ইপাগী মিংচৎ থিগদবা অসি ; তংশিবীহুনা অমুক্ত তাকপীয়ু। কুন্তীগী ভক্তি উবদা মুনিনা হায়রক্রে, করে সুপীমচা ঐ চঙলগে অহুপা মীনা কিনরবা ঐবু ; নংনা সেবা তৌগনি হাববসি ঐবু উশিত্তবা মাঙ্গি ? ঐ শাওমিংই নংনা ঐগী সেব অমত্তং সোইবদা। উৎ ওইবু হায়না শাপ তৌগনি, সেবা শোইরবদি নংনা পাম্বা বর পীরমগনি। য়াসি লেপ্নহুনা কুন্তীনা দুর্ব্বাসা মুনিহু লেংশিনখি ; মুনি অতিথী ব্রাহ্মণ ঘরদা পোত্থাখরে। নিংথৌনা ভাণ্ডারিশিংদা শিন্দনা মরম ওয়মক য়াত্তনা লাংপি, কুন্তীনা সেবা তৌবকপা অসি খনিক্তা কাওবা। ছিদ্র লৈহন্দনা তৌরকই। অসি উবদা, লিংজেন খারবা দুর্ব্বাসাত ছিদ্র অমত্তং ফংলবাদ শাপ তৌরম্ন। চংখগে থল্লহদ। ছিদ্র য়েংবদা কঙথিরে। লোংমদি চাক পোংবা লোইবমদাইদা মনিনা হায় ; কুন্তী ওসিদি শলোমনা মুংশাদা য়াইহুনা ঘী ওনবা অত পোবকউ, ওসিদি কুকদা ম ত কংকে, নংত্রবদি শাপ তৌগনি। য়াসি তাবদা কুন্তীনা কংকনি হায়রমলগা, চেনখিহুনা মপানিংথৌদা হন্দংলুবে ? কুন্তভোজনা হায় ইবেম্মা মুংশাগী ঘী লৈবা পৌনদে, মুনিগী চক্কি হৌরক্লবনি। হৌজিক শাপ ফংলগনি, য়াসি তাবদা কুন্তীনা ভাণ্ডরদগী শলোম চকু অমা লৌবগা। নমিৎপু খুকমজহুনা হায়রে। হে দিন নি, ননাইবু মংশিবীহুনা শলোম অসি ; হৌজিকমক ঘী ওলহনবিয়ু হায়জহুনা। কপ্পনা খুকমজবমই। কুন্তীগী ভক্তিদা পেন্নহুনা, খুদক অহুদা মমিৎনা শলোম অহু ঘী ওলহলবিরে। কুন্তীনা ঘীগু পুবক্লুনা মুনিদা পীরে ; মুনি কুন্তীগা মগুণ উবদা ওকখি। ভুমিৎ অত্নমা চৈফম লৈরহুনা, নুঙঙাইত্তনা দু াসা লেরে। লোংতাল্লগা য়াথল অমুক তৌই, নংলোইদবা অম হায়জিল্লগা শাপ তৌংমলগা চংথ্রগে থনখি। চাক থোঙংলবা মতমদা কুন্তীদা হায়রকই, ওসিদি ( ধনিয়া ) কদিংগাম মকা তনোবা পিযু ? মাত্ত ইম্পাংদা থাক্লগা কৎকে, পিত্রবদি ওসি উৎওইজনি হায়রক্লে। কুন্তীনা লৌজকখিগে হায়রমলগ ; নিংথৌদা য়াক্ষম অহু তমজখি। য়াহু তাবদা

কুন্তভোজনা হায়রকই ; কুন্তী হৌজিক্তি ইহৈমথানি, কদিগোম অনৌবা ফংবা মতম নত্তে , কত্রবা মুনিগী চক্রিনী। ইচাদি মাংবা তারে হায়দুনা নিংথৌ ; মচাগী খল্লুবদা বজুনা থাবগা মান্ননা রাখরে। কুন্তী ভাগ্যারদগী কদিগোম মরু খুবাম অমা পোৌরগা। শ্রীহরিবু স্মরণ তৌদুনা হায়জরকই। অগতীর গতী অনাথের নাথ পতীত পাবন শ্রীনরায়ন? নহাক্না মনাই মুপীমচাবু কনবিয়ু। ঐনা পাইরিবা মরু অসিনা লৈপাক্তা চুনবদা ; হৌজিমক হৌহনবিয়ু। হা—কৃষ্ণ হায়হনা কদিগোম মরু অহ্ লৈপাকতা চাইথোকপদা, ভগত-বৎসল ওইবা শ্রীহরিনা মনাই মুপিমচাবু কনবীরগে নিংদুনা, খুদক অদুদা থৌজান- বিরক্কুনা কদিগোম মরুদু লৈপাক্তা তাবগা। মরু পোথাইরক্কুনা হৌরকপনি। মিংকুপ খরগী মতুংদা মনা মকা মপুং ফাহনখরে। কুন্তী কদিগোম মকা খুবাম অমা চেক্লগা পোরক্কুনা মুনিদা পিররে। দুর্বাসানা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা, কৃষ্ণগী কৃপানা মরম ওইদুনা। খুদক্ক ফংডকইবা কুন্তীগী মঙ্গল উবদা। পেল্লদুনা বর পিরক্লে। হে-কুন্তী কদিগোম অসি মতম নাইবা মরোইনী ; ইহৈম থাদা ফংবা মরোই নত্তে। নংগী নত্তৌ য়েংগে খন্দুনা হায়বনি, নংনা ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ফংডক্কুনা। ওসি কৎপ তারে। কদিগোম অসি নহাকথক্তগী হৌরদুনা মতম নাইদনা ফংবা কৃষ্ণদা কৎপা ওইখ্রসনু। অদুগা মাগী মতম নত্তবা ইহৈম থাদা নংনা ক'হল্লিবা মতম অসিনা, মতু' ফাওবা মরাং কাইনা ফংবা ওইরসনু। অদুম্না কুন্তীগী হাক্তদা দুর্বাসানা বর পিখিবদগী, মতম নাইদনা ক'খ্রিবা অসিনি। মুনি কৃষ্ণগী মহাপ্রসাদ কুন্তীগা কংবিরদুনা, নুমিৎ অদুমক্ত লেল্লগা নোংঙাল্লবদা, মুনি স্নান ক্রিয়া নাম মন্ত্র জপ লোইখরে। কুন্তীব কমদোরগা মরান পিদুনা চৈরসিংগে, অমুক খল্লক্রদুনা কুন্তী য়েংলগা হায়রকই। দুপী মচা নংগী সনাগী (থালি) পুখমদা নিত্তিগী চাক খিদুনা চাবসি মহাও শুকলৈ লৈতে। ওসিদি থম্না খেল্লোক অপাকপদা চাক থিদুনা চাগে, থম্না পীযু হায়রক্লে। কুন্তীনা হায়লৈ গুরুদেব লুকহৌখিরবু ঐ থম্না লোজকখিগে হায়দুনা মুনিবু খুরম্লগা কৌদুংদা চেনখিদুনা মপা নিংথৌ খুরম্মী। অদুগা মুনিনা থম্নাখেল্লোক পীযু হায়বগী রাফম তমলৈ? রাহু তাবদা কুন্তভোজনা হায়রকই, কুন্তী হৌজিক রাকচিও থা অসিদি থম্না কণ্ড্রবা মতমনি। থম্ন ফডডরোই ইপাগী পুগৈদা থম্না মচুল লিদুনা থমহৌবা লৈবমগনি, মাদু মপুল অমা লোরগা ঈশিংদা লুম্লগ' তিডথাক্কুনা কৎলু। অদু নত্তনা অমৌবদি জগতন' ফংবা ডমলবোই ; মপাবুডগী রা তাববদা কুন্তী পুগৈরোমদা চৎখ'বে। অশোমদা দুর্বাসানা ধ্যান তৌদুনা য়েংবদা! থম্না অকণ্ডবা পোবক্কুনা কুন্তীনা ডমখিবা তাবে খন্দুনা। ব্রহ্ম বাক্যানা শাপ তৌদুনা লাউখি। দেশ অসিগী থম্না অকণ্ডবা লিদুনা থমহৌবা মথৈ, লোইনা হৌজিকমক উং ওইদুনা তুমলো। চৈখিবদা লোইনা উং ওইদুনা মাংখ্রে। কুন্তীনা পুগৈদা য়েংলুবদা লোইনা উং ওইদুনা লৈরমলে। মাসিবু মুনিগী শাপনী খঙখরে। কুন্তী অদু উবদা উপায় হৈত্রদুনা রাখল তৌই, মুনিগী মা'দা পীবা ডমজে হায়দুনা পাপ কঙ্গদবগী শককপুদি যমুনাদা চোঙথদুনা থরাই থাখ্রগে খন্দুনা যমুনা তান্না চেনখবে। মাসিবু বৈকুণ্ঠ নাথ শ্রীহরিনা উখি। মনাইদুপী অসিনা শিখরবদি, হরিবাগী লিলা কাইবা তারে, কনবীরগে নিংলদুনা, কুন্তীনা যমুনা নদী য়োরকপদা হরিগী ইচ্ছাদগী স্বর্গগী মনম দুংশিনবা, সনাথক্কানগী থম্নাবু মরি মরি তাওখহল্লকই! থম্না তাওথরকইবত্ত উবদা, কুন্তী কৃষ্ণগী

কুপানি খওলহনা থন্না অহু লোক্লগা মপূন অমা পুহনা, অমুক মুনিগী মফমদা হল্লকুনা থম্না ৰংখরে। মতৌ অহু উবদা মানা ঐবু ৰমখিবা তারে লাকচৈদা থল্লবদা দুর্ব্বাসা চাক্ত হোরক্লে। কুন্তী মীবৈবাক্কী থম্নাদি পোরক্লনা, লাইরৈবাকী থম্না পিরবা অসিদি মনম য়াম্না কল্লি ঐদি হৈনদে। নংনা থম্না পীবা শোইবনিনা! মাসিদা থিহুনা চাররোই, নংগী ননঙ্গন্দা চাক থিরগা চারগনি। উপ্পা হিপ্ল ঐনা নরঙ্গন্দা চাকথিবদা; নশাহু লেঙওবদি ঐনা অকনবা শাপ পিগনি হায়রকই। কুন্তীনা হায়ক্লরকই মুনিগী য়াথং ভাকচগনি, থিবায় হায়বগা চাথুম্মাংদা উপ্পা হিপথবে। কুন্তীগী মথোনা লৈবহু উবদা, শাউগল্লবা মুনিহু অশাবা চাক অহু খাবৈনা থোক থোক ওংখাইরগা কুন্তীগী মনঙ্গন্দা হেথখরে। অহুগা মৈথক্তা ক্রও ক্রও ছোহল্লিবা হরাহ মুকথোংবা অহুম্ম চেগপ্পা পাক্লহগী মওক্তা চপ্লগা চাক অশাবহুগী মথক্তা হৈথখরে। অশাবা চাক ইঙ্গাং অহু হৈজিনবদা, নোৗরিবা সুপীমচাগী মনঙ্গন অহুগা উনশা পোকথোক্লকপদগী হেনমনখিহুনা নাকন অনিমক্কী উনশা থোকথখিদ্রনা লৈপাক্তা পৈরে। তনৌ ভনোবিবা হকচাং অহু পুমডাং ভাংখরে মাহু কাওবা কুন্তীহু থম্মোহদা শ্রীকৃষ্ণবু চেংনা, নিংজহনা শাই হাযদনা খাচিক্লনা মশা শুকাপেং লেঙদনা খাংহুনা লৈখি। কুন্তীগী হুদোকখি্বা উনশা পুমডাং ভাংবা হকচাংগী মতো অহু উবদা হঙ্গোইবহুনা দুর্ব্বাসানা হায়রকই। কুন্তী ঐ চাক অসি চারবোই, নংগী পোকথোকহবা উনশা মচেৎ মচেৎ য়াওববা চাক ইঙ্গাং অসি হঙ্গোইরে। মুনিগা রাহে আস তাবদা কুন্তীনা হাযজ কহ, চানি হায়হুনা থিরগা অনক চাররোই হায়বা? সুপীমচানি লাকংবা য়াক হায়হুনা তৌবদি য়াবোহ। মুনিনদি শাপ তৌবদ খুংডগা। লান্দবা সুপীমচা ঐনা শাপ তোবদদি করি া খুডডোহ চাদবা যাদে চাবাযু হাযনক্ল।

কুন্তীগী রাহে অসি তাবদ হবা। কিংক্লহুনা কুন্তীদা হায়জবক্লে। রাজ কন্যা ইপনা নংথোনা য়েংগে তৌবদা থব হেজ্জিখরে। নং য়ারোরগম্ন, নংগী অসাকপা মৈশা কোক্লমা, হাম্লগী মতৌগুম্না উনশাহু তাইশিনম্ল। তৌভিদি হপা পেল্লে হকজংথাকচবো? নংনা পান্বা বর অমা নিজো ঐন শোদনা পীরগনি। মুনিগী রাহায় তাববদা কুন্তী হোগংখবে; মনিগী য়াথংনা প্রসিদ্ধ ওহহনা মৈচাক কোকতুনা উনশাহ হান্নগী মতৌগুনা তাহশিনখি। মপমহু শেংদোকলমসগ যমুনাদা স্নান তৌগা চংখি। মতম অচদা কোম্লংপোমদা পাহ তাবহনা, মচম গন্ধর্ব্বা মনাও কুন্তীগী মতৌ য়েংগে লাকহ। কুন্তীদী পেরমদ, মুনি াসন্দ ফমহুনা, কুন্তীবু বব পিদবগা, ভাকহনা লৈরম্মী। দুর্ব্বাসা মুনস্ব চংডকইবী কন্যাবু ইরুজব লোইহনা কান্নক্লব ন হাযনা থল্লি; গন্ধারী চওওক্লনা মুনিবু থুরুমজে। মশক মতৌ মান্নবদগী কুন্তী ওইববোহ নিংদুনা; নংনা পান্বা বব নিজৌ হাযরক্লে। গন্ধারীনা নিংথৌগী মহানী ওহজহুনা গুণ চেনবা ইচানিপা ১০০ পোকচগে হায়না নিখি। মুনিনা বর পীরকই লৈপাক্কী পটেশ্বরা ফজৌ? নচানিপা ১০০ পোকচৌ, নচানিপা অহন্দূনা ইন্দ্রগুম্না পৃথীগী মপু ওইইহুনা পানসম্ল। অসুম্না বর পিরমলগা মুনি বিদায় পোরমলপা যাত্রা তৌখি; গন্ধার্বশু কোম্লংদা হজ্জিনখি। কুন্তীনা ইরুজবা লোইরগা হল্লকপদা মুনি লৈরমদবে; কুন্তীনা য়েংবদা মুনি চংখিবগী থুদম ফংলে? কুন্তী শাওনা মুনি তাম্নরকই। মাংদা দুর্ব্বাসা চংল্লম্বহু উরদনা প্রপ প্রপ চেনশিনখিদনা। মুনিবু পান্থোম

তিংথোকতুনা থংলী। কদাইদা লেংতিবনো হায়না থংলাও লাওরকই? মুনি মৈহৌবগুম শাওছনা হায়রকই। মুপীমচা নংনা ব্রাহ্মণবু লেংগেঙ্গাইরগা খড়ত্রেক থংনা লাওবদি উসিংতবরা মতোইনা নং উং ওক্লিংত্রা? মুনিগী রাহৈ তাবদা কুন্তীনা হায়রকই হুরানবনা শাপ তৌবদি থুংডগা মপু ঐনা শাপ তৌবদি থুংঙোইদ্রা? ডসি থঙ্গনি শিমিন্নরগা লোয়রে, ব্রাহ্মণ হুরানবা মপুনা ফংলগা হুরানববু লেপ্পা থাবা হৌনব্রা? ডসি বিচার লোবশংদা পুথংলগা দণ্ডী পিগে খডগনি।

কুন্তীগী মতো অহুদা দুর্বাসা সাপ তৌবসু ডমদরে। ডকথ্রহুনা য়ুব্বীগুম লেপতুনা নৈথরে। কুন্তীনা মুনিগী খুদাং পাইরগ; হুরানবা ফাবে মী চেনসিন্নকউ; হায়না অমুক লাওরক্লে। দুর্ব্বাসানা হায় করি কুন্তী নংগী নপোংপু ঐনা কবি হুরান্দুনা? নংনা ঐবু হুরানবা হায়বদি তৌজিকমক হুরানবা মফম চীঙু। হুবানবা মফম পাবা ডমদ্রবদি ডসি নং ঐগী শাপ্পুগী উংঙনগনী; খড়ড় হায়না শাওনা হাপরকই। মুনি ঐনা ইরুপ্তবা চংখরীদেদা; তম্ফাখুদোল য়াইওইবা অমা ঐগী শোন মথাদা লিতুনা থম্বা অহু লৈরমগ্রে। মুনিনা নত্তুনা লৌবীনবা লৈতে। মুনিনা লেংডগে হায়রবসু মাহু পীরম্মু, অহু নত্রবদি চংপা য়ারোই তৌজিক মীকনা খড্রিডেদা পিথোকপিহৌরবদী ফৈ ঐনা মুনিবু থাদোকনী মীডোন্দসু হায়দোকরোই। অহুনত্তুনা শাওছন্নহুন পিদবা ব্রাহ্মনী হায়নো নমহৎপদি য়ারোই। মুনিনা হায় হে সত্য শ্রীহরিগীচরণ শাক্ষি নংগী খুদোপ য়াইওইবা থম্মী হায়বসু খডদে? নঙ্গী খুদোপ অহু ঐদি কৈদোননি লৌদে ব্রাহ্মণ ঐডোন্দা হায়হৈদবা রাহায়গনু। কুন্তীনা হায় মাদবু মাং হায়ব ওইববদি শ্রীকৃষ্ণগী চবননা শাক্ষি সত্য থড়সনু সুমিৎ থানা পাল্লিমখৈ যমগী যাতনা ফংখরগে।

ঐবু ইরুপ্তরু হায়না থাদোক্লগা ঐগী তুংদা মুনিনা লোয়া চৎপিরম্বনা, লৈমিন্নবদি মুনিগা ঐগদনী। ঐনা য়েংবদা লৈরমগ্রে। মুনি নত্তুনা লৌবীনবা লৈতে। হুরানবনা ঐ হুই হায়বা হৌনদে, লিপ্পা মখুন চংলমদাইদা চুম্মী হায়বগুম! হুরানবগী দণ্ড ফংলমদাইদা চুম্মক্রবদা, মুনিদ নত্তুনা মুনিগী হাক্তক্তুগী ব্রাহ্মণ পুন্নমক চেন্থগনী? দুর্ব্বাসানা হায় করি কুন্তী নংডোন্দা ঐ বব পিবম্মগা। বীদায় তৌনহুনা লাকপা ঐবু, লোন্না চেনখি থুদোপ হুরানবনি হায়বা মতোইন মুনিগী রাহায় অসি তাবদা কুন্তী শাওমনথিবনা। হকচাং থক থক নিক্তুনা হায়রকই বর পীরম্মেসু হায়জিন্নক্লে! মীনথা রাবু হায়বা অসিদনী ঐনা শিবা কিরকত্রাব অসি;

কুন্তীগী থম্মোয় শোক্লা শাওদ্বিবত্ন উবদ; মুনি ডকথরহুনা হায়রকই, ভায়থো কুন্তী ঐবু অমুক্তা থাদোকথো। নং য়াক পংশাওদা শাওমিন্নহুনা লৈরে॥ ডসিগী নংগী নতৌ অসি ঐস্নু ডকলে, থরদি লৌহৌরে, নংনা লৌদে হায়রি। ইপা ধ্যান তৌহুনা অমুক্তা য়েংথিগে। অহুগা থংগনি কুন্তীনা মুনিবু থাদোক্লে মুনি আচমন তৌরগা ধ্যানদা ফেডগী। কুন্তী নত্তুনা অস্তোপ্পী অমনা বর লৌথীবত্ন উরকলে। মুনি মিৎ পাংথোকতুনা হায়রকই, কুন্তী নংগা শক মান্নবী কন্যা অমা লৈবরা? বরদি মানা লৌহৌরে, ঐদি শক খডদহুনা নংনি হায়রহুনা পিরমলবনি চুম্মী নংনা

পাওজবা কুন্তীনা হায়রকই মুনিদেব ঐগা শকখাদবী ! ইচেম গন্ধারী কৌবী অমা লৈ ; মা ওইরম্বা তারে। মাসি তাবদা মুনিনা হায়রকই কুন্তী নংনা পাওবা ঐনা শোয়থ্ বননি ; মাচ ইপা য়াবে । অদুগা নংগী খুদোপ য়াইথোইবা হুথি ঐবু হুবানবা সিবহৃদি তৌগন। ইপাদি লৌদে। কুন্তীনা হায়রকই মুনি ঐনা হায়রবদি মনিস্থ হৃদয়ে হায়দুনা য়ানিংগনী । তম্ফা খুদোপ য়াইওইবা হায়বদী হন্দক ঐনা গুরুদেবগী সেবা তৌ'রবা অসি, শোয়রগা শাপ ফংগদোরীবনি, সেবা শোয়দ্রগা বর ফংগদৌরীবনী য়াফমসি লেপখ্রবনি । অদুবু পিরমদনা লেংখিরমইবনী । অমসুং মোন মথা হায়বদি, কোল্লা লাংবা মোনবু নত্তে । মন পুক্কিংগী মথা চিত্ত থম্মোয়মনুংদা মুনিগী য়াথংনা হায়দোকলকপা বরদু থোকউ হায়বা থোকপা খুদোপ য়াইওইবা অমা কংজরে নিংদুনা লিহুনা থমজবনী। অদুবু পীরমদনা চংলবদী হুবানবা নত্তবা ? কুন্তীগী য়াহায় অসি তাবদা দুর্ব্বাসা মুনি পেনখ্রদুনা হায়রকই । হে কুন্তী চুম্মে ই হুবাল্লবামক্কী ইশানা য়াওরে হৌজিক্কি ঐ পেল্লে নংনানিবা নত্তনা ঐনা বর পিরগনি মীনমদুনা বর কওখ্রিবা । গন্ধারীদু মচা চামা পোক্লশনু। নংদি য়াম্না পোক্লগা য়োকপা য়ামবনী । গুণ চেনবা নচা নিপা ও দং পোকচৌ গন্ধারীগী মচা ১০০ছু লামকনদা নচাগী মথুত্তা তুম্নাশিশনু। ঐবু কন্দক মংনা লাকচব ভখ্রাঅসি ঐ পেল্লে ; মজী নচা অমদি মীপুম্নমকপু ভাংনবকপদা ! মাদমা ভগা ওইসনু। অদুগা কুন্তী নংনা হায়দোকলকপা য়াহৈ খুদিংমক । লেম্না মাংদবা ওইসনু । মুনিগী বর অসি তাবদা কুন্তীনা হায়রকই করিরানে মুনি ইচেমগী মচাবু ঐগী ইচাগা য়েন্নহনবা পামজদে ।

দুর্ব্বাসানা হায়রকই কুন্তী য়েক্রদবা য়ারোই নচাশিংগী হাকক্না কৃষ্ণ অবতার তৌদুনা ; পৃথীবা ভারী লৌথোক্লগা লিলা অমা শাম্নবগনী । মংগী নচাশিংঅদু কৃষ্ণগী অচানবা মনাই ওইরগনি । লাঞ্জাও অদুগী মতুংদা নং নচানা পৃথিগী নিংথৌবেল ওইদুনা পালসনু অদুগা দেব আকর্ষন মন্ত্র অমসুপীগে লৌ মংনা উননী বা লাই অহ খুদক্তা কৌরগা বব লৌবা য়াব মন্ত্রনী । কুন্তীদা মন্ত্র তম্বীবে বর, মন্ত্র পিবা লোইরবদা কুন্তীবু মঙ্গোল ওইজো হায়ন নামবীয়মলগা । দুর্বাস মুনি লেংখরে। কুন্তী হঙ্গিল্লকদুনা মপা নিংথৌদা পাঁওদমজখি ; কুন্তু-লাল নিংশো মচা কন্যাগী গুণ উবদা ভমথৈ লৈত্তনা হরাওজখি : অদুগী তুংদা নোংমদি কুন্তীনা ভন্না কোবি চফু অমা পুদুনা যমুনাদ ঈশিং শোক্কে হায়না মত্তোমদা লাকই । যম্না তুরেলগী খোংবাল য়োরকপদা তুমিং থোকলকই , তুমিংকী কোম্নরক কোয়বা মগুওঅদ্বু । মমাই ওইরিগত্রা খওুিংভউকই । অদুগা দুর্বাসাগী মন্ত্রগী পরিক্ষাস্থ য়েংনি ভকতুনা আকর্ষন মন্ত্র না কৌরক্লে । সুর্য্যাদেব মন্ত্রগী গুন্না থাভবা ভমদ্রনো কুন্তীগী নাক্না থুংভরে । কুন্তীনা কিবগা লোয়মনা দুমিংপু খুক্লমখি । সুর্য্যাদেবনা হায়রকই কুন্তী নংমা ঐবু কৌবদি করণাম্বা লৈবগে। হায়, কুন্তীনা হায়রক্কে । মুনিনা পীবা মন্ত্রগী পরিক্ষা য়েংবনি অদুগা সুর্য্যাদেবগী মুর্ত্তিবুম্ব খওজনিদন তৌবনি । হৌজিক্কি লেংখায়য়া বায়বকই । কুন্তীগী বাহায় তাবদা দুমিংনা হায়, নুপীমচা মুনিগী

য়াথংবু লোইবা হৌরমবয়া। অতগা লাই ঐখোই লাক্লংদি লেম্না চনবা য়াদে। মরম অসিনা খারা অমগা পিরম্লগনি। য়াসি হায়রগা বলাকারনা রতীরস আস্বাদন তৌখরে। কুন্তীনা কপ্পনা হায়রে হে সূর্যাদেব ঐদি লুহোংদ্রিবীনী, লোম্লা করি হায়নগদগে হৌজিকমক নুমিৎ মজি ঔরস থারা অসি, লৌথোকপীয়ু। ঐবু কন্যাগী অবস্থা কাইহনগনু; কুন্তীগী য়াহায় তারবদা নুমিৎ কৌবা লাই, বরগী য়াহৈনা হায়রকই। কুন্তীগী গর্ভদা লৈরবা জিবনংদি, মিকুপ তরাদা থা তরাগী শরুক চিংশিন্দুনা মপুং ফারে। গর্ভ থারদা ভূমিস্থ ওইরবদি কন্যাগী অবস্থা কায়রগনি; য়েংথওবা মাকোংদা থোক্লকউ হায়না বর হাপ্লে। লাইগী য়াথং কায়বা য়াদবনা। মিকুপ তরাদা মপুং ফাওনা কুন্তীগী য়েংথংবা নাকোদা অঙাঙ নিপা অমা চোংথোক্লকুনা পৃথিবীদা তারে। নুমিৎ হনথী কুন্তী গর্ভগী মচা অসি খুৎলাই চঙদবা ফুরিৎ লুহুপ শাইন লোইনরকই। শক্তি য়াম্না লৈমানা লৈপাক্লা তাবা মতমদা, ভূমীকম্প তৌই পৃথীবী অস খদোন তরামাথোই মথাদা নমথী। অঙাঙহুদী মঙাম্না নুমিৎকি তেজগুম্মী; কুন্তীনা অঙাঙ য়োকপা মতম চাদবনা মী খঙহনদনিংদনা মচাবু লোথৎলগা কোম্নী চকু মনুংদা হাপ্লগা যমুনাদা পুথরক্লে

অঙাঙবু য়েংলগা কপ্পনা বর পিরকই, ইবুঙো ইমাবু য়ারোগনু ইচাদি ইমানা য়োকপা য়াত্র-বননী। ইমানা যমুনাসিগী ইচেন্দা তাওখহল্লগে, কনাগুম্বীনা লোক্লুনা য়োকশনু? পৃথীবীদা অফাওবা অমা ওইজরকউ। অম্মুম্না বর হাপ্লগা ঈশিংগী ইচেন্দা তাওখহনখি। কুন্তীনা যমুনাবু থুরুমজনা হায়রে। হে যমগী মচনুপী যমুনা, ইমা নংনা ইচা অসিবু মাংহনবিদনা পুবিরগা কনাগুম্বী মচা লৈজদবী অমদা পিনবীয়ু। অম্মুম্না হায়জরগা ইকজথোক্লুনা কাখৎলক্লে। লৈরাই মথক য়োবদা গর্ভদা অঙাঙ অমা লৈবগী খুদম ফাওবক্লে। কুন্তী ওহাক য়াথল থম্নি ঐ মম্না কৌরুবদী নুমিত্তনিং; লাই মিনখা য়াওরমগী মত্তৌ অহু ফঙবদা। কুন্তী শাওদুনা ঈশিং খুজোক অমা লোখৎলগা। শাপ তৌগনবগী হায়রক্লে। মীনম্বা লাই কনানো হৌজিকমক ইমাংদা চোংথোক্লকউ? অহু মন্ত্রবদি উং ওইনা তুমজগনি হায়রকই। কুন্তীবু কিবদগী থা কৌবা লাই, কুন্তীগী মাংদা লেপ্পনা ইবেম্মা শাপ তৌগনু ঐ লাক্লে, হায়রকই। চন্দ্রবু উবদা কুন্তী খুরুম্নগা হায়রকই; লাই নংনা ঐতোন্দা য়ানমলিবা করিগীনে? চন্দ্রদেবনা হায়রকই, হে কন্যা ঐনা মীনম্বা নত্তে ওসি নংনা নুমিৎপু কৌবা অসি, অমাবৈস্যা তীথীনি। থাশী নুমিৎ অসিদী ঐগী কলা অমত্তা উায়রবনা। থা ঐ ইতোমত্তা লৈবা য়াদহুনা সূর্যাদা তিশিন্দুনা লৈ। মরম অদুনা সূর্যানা শর পীবা মতমদা ঐসু য়াওরে; ঐগী শক্তি মাংবা য়াদত্তুনা নঙী গর্ভদা। ঐগী থারা অমা লৈংহৌবনী। লাই ঐথোয়গী শক্তি মাংবা য়াদবোইয়ে খন্দুনা; ঐবু নং য়ারোগনু য়াহৈসি ওাবদা, কুন্তীনা হায়রকই। নমাংবা নুমিৎনা তৌবগুম্না জিবসি লোথোকউ? মতম অহুদা চন্দ্রদেবনা শক্তি হাপ্পুনা য়েং থংবা নাতোন্দা পুথোকখী। ইচা অসি ঐন য়োক্লগনি হায়ত্তুনা! পমতুনা চন্দ্রদেব চংখিত্তুনা; য়োহিনীদা য়োক-হনখী। কুন্তী কোম্বংদা হপ্পিনখী, যমুনাগী ঈচেন্দা তাওখখিবা অঙাংদু; যমুনাগীদি 'যৌপানী অঙাঙ অহুবু নিংথিনা পুথখিহুনা শুত্রনগরগী মপা য়ৌথরে। অধিরথগী নুপী রাধা কৌবীনা ঈশিং

শোকপা লাকপদা মঙানগা লোইননা তাওরকইবা অহু উবদা কুমথরকুনা লোকই। চফু মহুন্দগী অঙাঙ অহুগী মতৌ উবদা পুমঙক ওকুনা লৈরে। ৯তম অহুদা সুমিংনা আকাশ বানী লাওরকই। হে রাধা নং চিঙনরুগদু সুমিং ঐনা নঙগী নচা ওইজৌ পিরবনী। লুনা য়োকউ তুংদা নচা ধারা মরিসু পোকচৌ। অঙাং অহু নিংথৌ ওইরগনী, নচাহুগী হাকক্তা রাজমাতাগী পদবী ফঙনি। অঙাং অহু মমিং কর্ণ থোল্লু ; অসুম্না লাওরমাখ ; অকাশবানী তারবদা রাধা গুণ্ডাইবগী ঈপাক্তা তাওজহুনা অঙাঙহু পমলগা ময়ুমদা য়োরক্লে। নিংথৌজরবা অঙাংদুগা লোইননা মপুরোইবা অধিরথদা লাইগীপাও চিথদনা তম্মী। অঙাঙ অসিবু লুনা য়োকচৈ। তরুক্নি শুবদা জাত কর্ম্ম লাংথি, জন্ম-কোঠি ইরে মমিং কর্ণ থোল্লে ; কোঠিগী মিংনা বসুষেন কৌই। অধিরথ রাধা কর্ণবু য়োকচবদগী তুংদা মচানিপা মরি পোকচখি। অসিগুম্বা মহাভারত আদি পর্ব্বগী ৱারী অ'স অমৃতগী মশকনি মতাং অসিবু পুক্নিংচংনা তাক্লবদা মচা পোক্কবনা মচা ফঙঙী মরন চাওখংলি শিরগা মতমদা মীওইবনা বৈকুণ্ঠ ফঙঙী মসিং ব্যাসনা হায়রক্লবনি। তোল্লবা শ্রী৺তোমচা সিংহনা মতাং অসি ইজরবনি। ইতি॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥

---

## অধ্যায়:—

## পাণ্ডুনা কুন্তী মাদ্রি লুহোংবা অমসুং বিদুর লুহোংবা —

### বারী মতাং।

বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই রাজা জন্মেজয়। কুন্তীগী যৌবন বয়সনা মপুঙ ফারকপসি উবদা। কুন্তভোজ নিংথৌনা ইচাদি মবুক্লিংনা তাবদা বোরিসন্নু। ইচ্ছাবরি স্বয়ম্বর লাঙ্গে থন্দুনা স্বয়ম্বরগী মাণ্ডব নিংথিনা শেম শাবকই, উজোম পুম্নমম লোইবদা নিমন্ত্রণ পত্র থাহুনা দেশ থুদিঙ্গি নিংথৌ বার্ত্তন তৌরক্লে। স্বয়ম্বরগী বার্ত্তন ফংবা কুন্তীগী মগুণ তাবদা, পৃথিবীগী নিংথৌ পুম্নমক মাগী মাগী তেঙ্গোন শেম শাহুনা লাক্লখি। রাজধানি পুম্নমক স্বয়ম্বরগী সভাদা ফম্নখি। নিংথৌ লক্ষ অমত্তনা তিনখি। মগধরাজ কাশিরাজ, কলিঙ্গ; কোশল, বৃহদ্বশ, শুংক্ষ, পৌণ্ড্র, চেদি, পরিচর, বিরব্রহ্মা। শুবাহু, তৈলঙ্গ, দেবক, কেকয়, চেকিতান, বিন্দ, অনুবিন্দ, নিলধ্বজ, শিখিধ্বজ, কৌশিল, বিরভদ্র, ভদ্রসেন। শালু, যৌবিন্যাশ, শিন্ধুরাজ, মদ্ররাজ, পাণ্ডুরাজ, হায়রিবা অসিনচিংবা নিংথৌ লোইনা শিঙথাবা ওম্মরোই ; লুচিঙবা থরদং হায়রবনি রাজসভা শুরবদা। কুন্তভোজ নিংথৌনা মচানুপী কুন্তীবু নিংথন ফিজেং লৈতেংহুনা স্বয়ম্বর মাণ্ডবতা পুথোকখী। কুন্তীগী ফজবা মশক মতৌনা, স্বর্গগী লাইরেম্বীশিংবু ওমজৈ। রাজকন্যাগী মশক উবদা, রাজসভা অঙকপা ফঙখী। কনাগুম্বা মরাইবক ফবনা ফঙঙগবা। থমহুনা মিংকম হোংদনা য়েংনখি। কুন্তীনা সভা মরাইদ।

চঙ্গক্লুনা, রাজসভাবু লৈহুনা য়েংলকপদা পাণ্ডুগী মগুনা লাইয়ামগী ময়াইদা ইন্দ্রনা তৌরগুনা তান্নিবা। মশক মতৌ মগুণ উবদা কুন্তী পুক্রিং লুপখিৎনা পাণ্ডুগী মাংদা চংজরক্লুনা। লৈপক্লেং হুক্লগা ভক্তি তৌহনা খুৎলোয়রগা মাংদা লেপচখী। রাজ সন্তানা পাণ্ডু নিংথৌবু থাগৎনরম্মগা; মাগী মাগী মরৈবাক্তা হুমখরে। কুন্তভোজনা পাণ্ডুদা মচা কন্যাবু দান কক্লুনা খোঙচগা অতৌনপ্পোং দাস দাসী শগোল শামু রথ সনা লুপা মণি মুক্তা আভরণ চামা চামনা খুজিং ওইহনা লাঙথী। পাণ্ডু রাজা, কুন্তীবু পুহনা হস্তিনাদা হল্লক্লগা পাটেশ্বরী হাপলে। ভীষ্ম মচা পাণ্ডুগী মমৌ মনী হাপ্পরদা নুঙঙাইহনা দান কয়া তৌখী। হস্তিনা সভাদা পাণ্ডু কুন্তী অনী অদু ইন্দ্রগা শচীগা ঙানবগী মতৌ-গুম ওইখরে। হস্তিনা প্রজা পুম্নমক নুঙঙাইনরকলে; চন্দ্রদেবগী কুলদা রোহিনীনা ফজবগুম; কুন্তীনা পাণ্ডুগী লৈতেং ওইনা নিংথিজখী।

মতম খরা লৈরগা ভীষ্মনা পুক্রিংদা রাখল তৌরকই, কুরু শাগৈ চাওখৎহন্নিংবা। মচাদি পোক-তবা অদুদা শাগৈ থুনা চাওখৎহন্নিংবদগী মদ্র দেশকী নিংথৌ শল্য হায়বসি গুনচেনবা শক্তিলৈবদা পৃথীবীদা ফাওই। মাগী মচনুপী মশক মতৌ ফজবী কন্যা অমা, লৈ হায়বা পাণ্ড তাবদগী ভীষ্ম কনা। হায়বা চৎখ্রে, মদ্র দেশদা থুঙলরে দ্বারীগী মচিন্দগী ভীষ্ম লাকই তাবদা, শল্য খোরক্লুনা ওক্লগা পুশিনখিৎনা মাইক চানা পুজা তৌহনা ভীষ্মবু পেনহনখী। করি মরমগী লাকপিবনো ঙাইহৈ, ভীষ্মনা হায়রকই মহারাজ নহাক অসি ভারতা ফাওই। মরম অদুনা সম্বন্ধি ওইজনিংদুনা লাকপনি। নহাক্কী নচন মশক মতৌ ফজবা অমা লৈ হায়বা তারে; ইচানিপাগী ইমৌ ওইজরগে পিরো হায়রক্লে। রাহৈ অসি তাবদা শল্যনা হায়রকই; বিধিগী নোংদম্মা থ্রগী ইরাইবক কবা ওইবদগী থোক্তবনি; অমে ওইবদা হায়দোক্কদবা ইকাইজরবা। অমা লৈরে। ইপা ইপুনা চৎনরগা নিঙোনগী মমল থরা নৌবা অসিবু থ্রনা ককথৎপা ঙমদ্রবা অমা লৈরে।

শল্যগী রাহৈ তাবদা ভীষ্মনা হায়রকই; মহারাজ চিংনকগগ মমাডৈঙদা ব্রহ্মানা ইন্দ্রদা তাকখি শাগৈগী চৎনরকপা ধর্ম্মবু যতন তৌনা ঙাক্কনি। রাহৈ অসি হায়দুনা সনাগুন তরেং থনবা লুপা; শামু অমা রথ শগোলগা লোইনবা অমা। মমল য়াম্লবা আভরণ শল্যদা পিরে শল্য লন ফংল-বদা আভরণ পুম্নমক মচনুপীবু লৈতেংহন্দুনা ভীষ্মগী মফমদা মাদ্রীবু শিন্নরে। মাদ্রী পুরগা ভীষ্ম হল্লক্লুনা পাণ্ডুদা মাদ্রী লুহোঙে। মাদ্রীগী ফজবা মশক মতৌ উবদা পাণ্ডু পেন্দুনা কয়ামুক কুম্মৈ হরাও তৌই। দান কয়ামক কৎখি, কুন্তী মাদ্রী অনিবু, চপমান্নবা মিংয়েংনা য়েংখি। সতী সাধ্বী ওইবী অনিমক, পুকচেল তিন্নানা সেবা তৌজখি। মতম খরা লৈরগা রাশক্লুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ হৌখি; ময়াম্বা ধৃতরাষ্ট্রবু যজ্ঞ আসন ফমহল্লগা পাণ্ডুনা তেঙ্গোন পুহনা শগোল ঙাকপা দিগবিজয় চংলি। নোংচুপলোমগী প্রতাপ লৈরবা দশার্ণ জয় তৌই। পঞ্চাল, মগধ, অসাম, মিথিলা, কাশী, মঙান চাওরবা চগুনিংথৌ। কৌশল, চেদিরাজ, মৎসরাজ, ত্রিগর্ত্ত, কলিঙ্গ, অঙ্গ, বঙ্গ, গুরু, ব্রহ্মাদেশকী নিংথৌ কয়াগু জয় তৌই। দক্ষিনাত্যগী রাজধানি পুম্নমক লোইনা জয় তৌরকই; পাণ্ডুগী মথুক্তা ভারতবর্ষগী নিংথৌ পুম্নমক লান্দা মাইথিহনা পাণ্ডুবু পুজা তৌনখী।

ভারতকী নিংথৌ পুম্নমক মরৈবাক্তা থোকপা পোং পুরকপগা লোইননা কোড় কারকত্তুনা যজ্ঞ য়াওরখি। দেশ খুদিংদগী কাখৎলকপা শগোল শাম্ন শা যণ ; হিরা মণি, রত্ন স্বর্ণ রৌপ্য বস্ত্র আভরণ, কায়া দ্রব্য লম্মুম পুম্নমক অসি ময়াম্বা ধৃতরাষ্ট্রদা পিরৈ। যজ্ঞ মপুঙ ফানা লোইশিল্লি। ব্রাহ্মণশিংদা মশিং লাকওমদনা দান তোরকই ; নিংথৌশিংবু মতিক চানা পুজা তৌদুনা পেনহল্লি। লাইরবা প্রজাশিংবু লম য়েন্দুনা লাইরবা দযা কোকহল্লি। অশোন অনা তোল্লবা জিববু লুনা চান্না য়োকপি, পাণ্ডুগী মিংচৎনা পৃথীবী পুম্নমক শিন্নৃংখি। মমাংদা ভরত নিংথৌনা তৌরম্বা সাসনগা, পাণ্ডুগী সাসনগা চপ মান্নখি। তেজদা পরশুরামগুম্বী, মিংচৎতা কার্ত্তবিয্যার্জুনগুমই, পাণ্ডুগী মগুণ উবদা ভীষ্ম পাণ্ডুবু চেংনা কোল্লগা হন্না হন্না চুপ্পুনা থাগংখি। অদুগী তুংদা ধর্ম্ম চেল্লবা বিদুর বৈষ্ণব মন্ত্রি ওইরি, মচা অত্তোম্বা বিদুরগী মমৌ লুহোংলগে নিংই। শুদেব নিংথৌগী মচানুপী পরাশরীবু হায়দুনা ভীষ্মনা মচা অত্তোনবা বিদুরবু লুহোংখি। বিদুরনা হস্তিনাগী বড়মন্ত্রি ওইরে ; মন্ত্রনাদা শগোলশেল গুরুগুমই। সতী সাধ্বী পরাশরীগা গর্ব্ভদা মচানিপা তরেং মুশী অদুম পোকই। বিদুরগী মচাশিং অদু মমা মপাগুম্বা পুকচেল ফজবা ভাক্তা ওইরমই। অসিগুম্বা কুরু শাগৈ চাওখৎলকপা রারি অসি অমৃতগী মশকনি। মীওইবনা পুক্কিং চঙনা তাজবদা শাগৈ চাওখৎপা ওইগনি। অমুম্না ব্যাসনা শেংলমলবা মহাভারতকি রারীবু তোল্লবা শ্রী৺তোমচা সিংহনা মতাং অসিবু ইজরিবনি ইতি। হরি হরি হরি।

---

অধ্যায় ঃ—

## পাণ্ডুনা ধৃতরাষ্ট্রদা নিংথৌ খুন্ডম কথোকপা অমসুং— মৃগ ঋষিগী শাপ ফংবা মতাং।

শৌনকচিংবা মুনি ময়াম্না চংয়রবকই, হে—শৌতি পাণ্ডু নিংথৌনা শাপ ফংবা ? মখাগী রারী লিংরো। শৌতিনা হায়জখি, তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা, বৈশম্পায়না হায়খি—ধর্ম্ম খংবা পুকচেল চাওরবা পাণ্ডুনা ভারতকি সাসন লোইরবদা। ময়াম্বা ধৃতরাষ্ট্রনা নিংথৌ খুন্ডম কথোক্লগা ; জুবরাজ খুন্ডমদা লৈদুনা, মতম খরা লৈবাক ভাক্কুনা লৈ। অদুদগী মনাও বিদুরদা সাসনগী শক্তি শিন্নবম্লগা, মুনিশিংগী সেবা তৌগে খন্দুনা রাণী অনি লোইনদুনা, মনাই মশন মপোং মরন ব্রাহ্মণ পুজারি কয়া পুদুনা বন্দা চংখি। মুনিশিংগী আশ্রম খুদংদা লাক্কুনা দান কংলি, ব্রহ্ম-ভুজন তৌদুনা মুনি ঋষিশিংবু সেবা তৌই। পাণ্ডুরাজানা বন খুদিঙদা কোইংনা লৈবদা নোংমদি মৃগ মাংশনা ব্রহ্ম ভুজণ কৎনবগীদমক শক্তি ফাগে থিরকই। ফজবা উমঙ অমদা শক্তি লাবা অমোমনা, বসন্ত রসবু শান্নরিদৈদা, পাণ্ডুনা থেঙনরুই। শক্তি কানিংবদগী রাখন তৌগোদনা, উবগা তেন কাপ্পগা মারখিদুনা শক্তি অদু তেল্লা পানখ্রে। পাণ্ডুগী অকনবা তেনগী চৈথা ফংবদা, শক্তি লৈপাক্তা হায়থখরে। পাণ্ডু শক্তিগী মনাক্তা চেনশিল্লকখি পাণ্ডুবু

উবদা শক্তিনা হায়রকই। মহারাজ ইরান লৈতবা ঐবু করিগী তেন্না থাহনা হাংকদৌরিবনো ? পাণ্ডুনা হায়রকই, শক্তি নখোই অসি ব্রহ্মানা মীগী চিঙ্গাক ওইনবা শেমখ্রবনি অহনা নরান লৈত্রবস্থ নঙবু ঐনা হাংপগী দোষ লৈতে। অগস্থ মুনিনা শক্তি চাবা য়াই, মউন্দা ফমহনা হোম পিবা য়াই হায়হনা বেব্যাষ্টা লেপখিবা মতুংইন্না মুনি ঋষিশিংনা চংনরি। শক্তিবু, য়েক্রববু ফংবগা হাংপনা ক্ষেত্রি ঐখোইগী ধর্ম্মনি, মরম অদুনা ঐনা নংবু তেন্না থাবনি। পাণ্ডু রাজাগী রাহায় তারগা মৃগ ঋষিনা হায়রকই। ধর্ম্ম খংলবা, শাস্ত্রগ্য ওইবা সর্ব্বভূমপতি ঐগী রাহায় তাবিখো। অমুক হায়রকে, মহারাজ য়েক্রবা ওইরবস্থ মতম চাদনা খুংলাই থাহনা হাংলোইদবনি। পাণ্ডুনা হায়রকই য়েক্রবদি ময়াই কাবা, কিরবা, চেল্লবা, লোংলবা,, মতম ওইরবদস্থ ফংবগা হাংকনি অমসুং (শক্তিবুশু) অস্থুন্না ক্ষেত্রিগীদি নিত্তি সাস্ত্রগী বিচারদা হায়রি। মৃগ ঋষিনা হায়রকই চুম্মী মহারাজ! ধর্ম্ম নিত্তি খঙঙবা রতী বিদ্যা হৈশিংলবা নিংথৌনি। ঐদি লাইনিংবা ব্রাহ্মণনি ইমিংনা কিন্দম কৌই. অঙ্গিরস গোত্রনি লোক্তি ইকাইবা তারবগী মৃগবিদ্যা শিক্তিম-নহনা ঐগী নুপীগা লোইননা রতী রোসব লৌরী। ঐখোইনা শক্তি ওইরুবনা ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ হাংপগী পাপ লৈরণ। শৃঙ্গারগী মতমদা অচুটী ওইনা প্রান থাগদৌরি। ঐগী শাপগী ত্রিসঙ্গ ওইবদা অচুটী ওইনা পাণ্ডু নংস্থ শিবু। অদুগী দোষনা নুপীদুগা লোইননা স্বর্গ চৌবা ওমদনা যমলকতা লৈয়ু। অস্থুন্না শাপ চৈরন্নগা ব্রাহ্মণ, (মৃগানী) কৌবি ব্রাহ্মণী লোইনহনা প্রান থাখরে। পাণ্ডু অরাবগী সমুদ্রদা লুপখরে ওনপোইদনা কপলুরগা, ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণগী যজ্ঞ তৌরমলগা! আশ্রমদা হলক্লন বেদ বিধি কাইদনা? শ্রাদ্ধ দান কংথি। অদুগী তুংদা পাণ্ডুনা কুন্তী মাদ্রী ২ দা হায়রকই, ঐদি সংসার থাদোক্লনা লাই নিংবা চংখ্রগে। নখোই অনিনা মীয়ামসি পুহনা হস্তিনাদা হল্লো। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহন লমন পুন্নমক্লা, ঐনা কণ্ডিংবা রক্ষ শাপকী পাওপুন্নমক তম্মু। ঐগী অরোইবা বিদায় পিরবনি।

পাণ্ডু রাজাগী রাহায় অসি তাবদা রাণী অনিমক বজ্রনা থাবগা মাখ্রখরে। পাণ্ডুগী মখোং পায়হনা নোং খোংবঙম কপলগা হায়জবকই। মহারাজ নুপী ঐখোইগী ধর্ম্ম মপুরোইবগী তুং-ইঙবা ; য়ারে য়ামিন্নবা ভুংঙাইবে ভুংঙাইমিনবা অসিনা অরেপ্পনি। ঐখোই অনিশু মায়াদা লৈজরু-রোই। ইপুরোইবগী কু ইন্দুনা লাইনিংবা য়াঙজরগে ঐখোইবু পুবিয়ু। ঐখোইনা হায়জবা অসিবু য়াবিত্রবা ঈশিংদা চোংথহনা শরাই থাজরগে ; ননাই নুপী হাংপগী পাপ পুরগা লেংবিখো ? কুন্তী মাদ্রী অনিগী অরেপ্পা থম্মোই উরবদা, পাণ্ডুনা হায়রকই, করে হৌজিক্তি রাণীগী ফিজেৎ হোংদোক্লে। লাইনিংবীগী ফিজেৎ লৈতেংলো, লাইনিংহনা চিবগী লাম্নবা লম্বী তাল্লুর্সি। পাণ্ডু কুন্তী, মাদ্রী অনুমমক উকু থাঙজেৎনহনা কোক্তা জাটা শেমহনা থম্মোইবু খুহুম চল্লগা শ্রীহরিগী ভক্তিদা পুক্রিং লেপখরে। রাণী অনিগী মতৌ উবদা পাণ্ডু লোভ, মোহ, কাম, ক্রোধ, মদ, মাসর্য্য, থাদোক্লনা মণী রত্ন আভরণ, সনা লুপা ব্রাহ্মণদা দান তৌখরে। পাণ্ডুনা ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, নখোই পুন্নমক হস্তিনাদা হল্লো ; ঐখোইগী পাও অসি ভীষ্ম, ধৃতরাষ্ট্র বিদুরনচিংবা পুন্নমক্তা তমল্লুরো। পাণ্ডুগী রা তাবদা মীয়াম পুন্নমক কপনহনা। অরাবগা লোইবনা হস্তিনাদা হনখি।

হস্তিনাদা চংখিদুনা পাও মথঙ মথঙ তমখী । পাণ্ডুগী পাও তাবদা হস্তিনাপুরগী মীয়াম। কপ্পরকপ্পী খোঞ্জেলনা খুমনিন মিনখরে । ভীষ্ম বিদুরমচিংবা পাণ্ডুগী মরুপ মপাংনা তেংথাদুনা কপনরক্লে । ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ পাণ্ডুগী রাজনা চাবা থকপা থাদোকুনা, মপাম থোক্তনা লৈবাক্তা ওস্থোইদুনা লৈখী বন্দা পাণ্ডু, কুন্তী, মাদ্রী, অদুমক আশ্রমগী ব্রাহ্মণ খুরুমজদুনা বিদায় নিরে । অসোমদা পাণ্ডু রানী ২ লোয়ননা মুনি ঋষি ময়াম খুরুমজরগা। স্বর্গগী লম্বী, তাল্লগে নিংদুনা অরাং পাংনা যাত্রা তৌরকপনী। চৈত্র রথ কৌবা বন যৌরকুনা স্নান, তর্পন কংলগা শ্রীহরিগী চরনবু নিংজদুনা গন্ধর্ব অপ্সরাগী শান্নফম কজরবা বনবু অমুক যৌরকখী। অমুক লাকপনা নৈমিষ বন যৌরকপদ তীর্থ স্নান তৌই, পিতৃলৈদমক তর্পন কংলী, হরিগী পূজা কংলী । অদুদগী অমুক তুরেল অচৌ অপিশক, দেশ কয়া লান্থোকুনা লাকপনা। হরিদ্বার তীর্থ স্নান তর্পন তৌরগা ! বদ্রীনরায়ন দরশন তৌজখী। বদ্রীনরায়ণ খুরুমজরগা পাণ্ডু কুন্তী মাদ্রী ওমক হিমালয় চিংজাও কাখৎখ্রে । হিমালয় লান্থোকখিত্তনা চংখিবনা শ্রীগন্ধমাদন চিংজাও য়ৌরক্লে । মফম অদুদা ইন্দ্রদ্যুম্ন কৌবা পুখ্রী, লৈই খিবিক্তা পামনরব । পুন্য তীর্থ অমা লৈ । তীর্থ অদুদা স্নান তর্পন কংলি শ্রীহরিবু নিংজদুনা অমুক কাখৎখিবনা, য়াম্না রাং চাওরব শত শৃঙ্গ কৌবা চিঙ য়ৌবক্লে । শত শৃঙ্গ অসি মুনি ঋষি কয়াগী লাইনিংফম আশ্রমনী ? চিং অসিবু ফংবদা পাণ্ডু নিংথৌ পুক্নিং নুঙঙাইজরে । মফম অদুদা ঋষিশিঙ্গা লোয়নদুনা অকন্বা তপতৌরক্লে পাণ্ডু কুন্তী মাদ্রী ওমক্তী অকনবা লাইনিং ভীবদা মুনিঋষি খৈবিক্তা থাগৎলি অকনবা লাইনিঙ্গী পাম্বৈনা নিংথৌ মহারাণী ওমক সিদ্ধি শক্তি ফংলে স্বর্গ য়ৌবা ঙমনবা পাঙ্গল লৈরবদা ; লাইনিংবা ব্রতগী উইনা, বারনা লৌখরে ॥

মফম অদুদা লৈবা মুনি ঋষিশিংবু খুরুমজরগা স্বর্গ য়ৌবগে নিংদুনা মথঙ ২ রাংলবা চিঙ কয়া কাবরক্কই । গন্ধর্ব, কিন্নর, গুহ্যকা, অপ্সরা অমসুং লাইগী মুপীশিংগী শান্নফম হিরা মণি রত্ন কয়ান থামলবা। লাইগী থুবম শান্নফম কয়া অমসুং স্বর্গদগী চেম্থরক্লিবী ; ঈথক ইপোম মরক্তা লাইগী মুপীশিংনা সান্নরিবা, মোংন তত্তনা চুবা, নুংশিংনা কপ্পা শিংলবা, ইংবনা ওমথৈ লৈত্রবা; শাবনা অচাক পা মৈগুয়বা কন্না তমথিরবা মফম কয় । লান্থোকপিংনা, স্বর্গগী বৈতরনী ঘাট য়ৌরক্লে । বৈতরনী চিরানবা ঋষিশিংদা হিল্লানবীয়ু হায়না পাণ্ডুনা খুরুমজখী । ঋষি ময়াম্না পাণ্ডুবু থাগতুনা হায়রকই ; মহাশয় পৃথীদা পোকপা মীওইবনা ॥ খেণ্ডনা চংপা ওমফত্রবা স্বর্গগী লম্বীবু কমদোনা লাকপনো ? তৌজিক্তা কদায়দা লৈকগে হায়বনো ? পুন্যবান ওইরবা মহাশয় নহাক্না মীওইবগী মপোকসি অতাং বন্নি । নহাক্কী পরিচয় তাকউ ঐথোয়দি লান্থোকচগে ? হিরানবা ঋষিশিংগী রাহায় তারবদা পাণ্ডু নিংথৌনা হায়রকই, তাবিয়ু ঋষি পুন্নমক ; ঐগী ইমিংনা পাণ্ডু কৌই ; কুরু শাগৈদা পোকপনি ঐগী কর্ম্ম দোষনা ইচা পোকত্রদুনা সংসার থাদোকতুনা স্বর্গদা লৈজবগে লাকচবনি । মীওইবা মপোক ফংলবগী (ঋণ) লমন ৪ শিংদোকচবনা ঐগী কর্ম্ম ফত্তবগী লমন অমদি শিংবা ওমত্রদুনা সংসারদগী মীওইবা মপোক্কী মুংঙাইবা ভোগ থাদোকচরবনী । যজ্ঞ তৌবনা দেব ঋণশিংজরে ! বেদ শাস্ত্র তথা অতিথীগী সেবা, বৈষ্ণব সেবা তৌবনা ঋষি ঋণ শিংজরে, প্রজা সেবা তৌদুনা দেশ ঋণ ( মাতৃভূমিগী

নমন শিংজরে। ইচা পোক্লগা শ্রাদ্ধ তর্পন পিণ্ড দান তৌবনা, পিতৃলককী লমন শিংগদবা অহু ঐগী চর্ম্ম ফত্তবনা ঙমদ্রে। মরম অসিদগী মীওইবা ঐথোয়গী পঞ্চভৌতিক দেহেগী পাপ্প তীর্থ স্নাননা তপস্যা তৌবনা শেংদোকচরগা; স্বর্গদা লৈজগে লাকলম্বনী। ৱাহায় ফজবা নোল্লকপা ভক্তিগা লোয়ননা ঋষিশিংদা হায়জরকপা। পাণ্ডুগী ৱাহায় অসি তাবদা। ঋষিশিংনা ধ্যান তৌহুনা য়ে নগা হায়ৱকই; শাস্ত্রজ্ঞ ওইৱবা ধর্ম্মাত্মা হে পাণ্ডু নঙনা তাল্লকপা পুন্যনা। সঃ ধর্ম্মীনা ওইৱীবা মুপী ২ লোইনহুনা মক্ষম অসি য়ৌরকপা ঙমবনী। মীওইবনা মণগী দান তৌরকলবদি বেতরনা লাম্চোকপ য়াই; মনবী দান তৌরকত্রবা মীদি লাম্হোকপা য়াদে। মহারাজ নগাক্তী দান ধর্ম্ম পুন্য কয়া তাল্লকলবা মহাত্মানি ঐখোয়না লাম্হোককনী। স্বর্গদ লৈবস্থ য়াগনি; অহুন্নদী ওইৱগা স্বর্গদা লৈরুবগী কাম্নরোই। পৃথীদা পোকপা মীওইবনা গৃহি ধর্ম্ম লৌহুনা মচা পোকলমম্রবদী। পুন্য ফনা তান্দুনস্থ লাইগী ভোগ ফংবা য়াদে। মৈ মথক্তা লৈবগা মান্নবা মৈচাক ফজনী। মহারাজ নগাক্তি নবাইবক্তা নচা ধার ও ফঙহু হায়বা লৈ। পৃথীদা হস্থহনা নচা ফঙউথো। লাইগী থৌজান্দগী সোইদনা নচা ও ফংগনি পাণ্ডু হন্দক ফংগদৌরিবা নহাকী নচাশিং অহুদি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইৱগনি। অমস্থং খুংকন পাঙ্গলবদা মবোল ও ফাওন মিংচংলথিনি; অমুম্‌না ঋষি ময়ামনা তাকখী॥

পাণ্ডু নিংথৌ ঋষিশিংগি পাওতাক ফংওদা সিদ্ধ ঋষি ময়ামবু খুরুমজরগা কুন্তী মাদ্রী লোয়নহুনা অমুক হন্থরকপনা শত শৃঙ্গদা থুংলরে। ব্রাহ্মণ মুনি পুন্নমকপু খুরুমহুনা পাও তমজখী। পাণ্ডুবু দুংশিহুনা ব্রহ্মঋষিশিংনা হায়রকই। মহারাজা ঐখোয়গী আশ্রম শতশৃঙ্গ অসি স্বর্গগা মান্নবা পুন্যধামনি মসিদা লৈহুনা ঐখোয়গা লাই নিংমিন্নসি সোয়দনা লাইগী খোজান্দগী নচা ধাব ফংগনী মুনিশিংগী য়াথঙ মতুংইন্না শতশৃঙ্গদা পাণ্ডু কুন্তী মাদ্রী লাইনিংহুনা লৈখবে। অসিগুম্বা মহাভারত আদি পর্ব্বগী ৱারী অসি পুন্যগী মশকনি শ্রীব্যাসবু খুরুমহুনা তোল্লবা শ্রী৺তোমচা সিংহনা ইমা লোন্দা ইজরম্বনি অধ্যায় অসিদা শ্রী৺তোমচা সিংহগী শরুক লোইরে। ইতি। হরিবোল হরিবোল

---

## অধ্যায় ঃ—

## ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী দুর্য্যোধনচিংবা

**মচা ১০২ ফংবগী ৱারী মতাং।**

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺থোদাম অঙাতোন সিংহ ৱারী লিবা পণ্ডিতনা ইথিরম্বা শরুক হৌজরে। সাতিনা হায়রৈ তাবিয়ু শৌনকং চিংবা ব্রহ্ম সভা; বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই তাম্নো মহারাজা জনমেজয়। ধৃতরাষ্ট্রনা পাণ্ডুগী পাও ফংবদগী চাবা থকপা থাদোক্তুনা মপান থোক্তনা কোম্নুং মনুংদা

লৈপাক্তা ওম্মোইহনা কপ্তনা লৈরিবা অসি বদরিকাশ্রমদা শ্রীব্যাসদেবনা উরহনা, যোগ শক্তিন লাক্তুনা মিৎকুপ থরগী মতুংদা হস্তিনা কোল্লংদা থুডগরে। আসির্ব্বাদ তৌহনা মিওথিবা রাহৈনা হায়রকই, হৌগৎলো মহারাজা ব্যাস ইপা লাক্লে; করি মরমদগী লৈপাক্তা ওম্মোইনা কপলিবনো। নিংথৌনা অঙ্গম তৌরবদি হস্তিনা লৈপাক অসি অশান্তি ওইরগনি। লৈপাকা মপু ওইবা নহাক্ল খোলখোক্ম তেংথাহনা কপ্পবদী, লৈপাকী অরাবা তারগনী। ব্যাস মুনিগী চরন্দা ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারী অনিমক থুরুমজরগা, গন্ধারী মুনিগী সনাগী আসন কৎলি। অশেংবা ঈশিংনা চরন শেংডি পাদদক লৌজে; ধুপ দিপ লৈ চন্দন বর্ত্তিনা মুনিবু পুজা কংলি। ছন্দেহ কয়া লাওহনা মুনিগী সেবা তৌই; নিংথৌ মহারাণীগী সেবাদা পেল্লহনা মুনিনা হায়রকই। ধৃতরাষ্ট্র নংনা রারিবা মরম হায়মু, ঐনা নঙি অরাবা কোক্রবা উপায় তৌবিগনী।

মুনিগী খোজানগী রাহৈ তারবদা, ধৃতরাষ্ট্রনা খুৎলোমহনা হায়জরকই, পাণ্ডু ইনাওগী মপান্দগা ঐনা রাজভোগ ফংবনি। পাণ্ডু ইনাওদি মৃগ ঋষিগী শাপ ফওহনা শংসার থাদোক্তুনা চৎখ্র ইনাওগী মপান্দগী ঐনা হস্তিনা রাজভোগ ফংহনা লৈজবনী ইমিং তাংলবা ঐনা কমদোনা লৈ বাক ভাক্তুনা পালগনি। ঐদি ইচা ধারাম্ম ফংদ্রী, গুরুদেব ঐগা মান্নরা লাইবক থিবা মহি জগত্তা লৈরম্লরোই। মরম অসিনা অরাবা সমক্রুদা লুপ্তনা লেরবা ঐনী। ব্যাসনা হায়কই, ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ হৌজিক্কি রাকুরগনু। "পাণ্ডু কুন্তা মাদ্রী শতশৃঙ্গ পর্ব্বতা লাইনিংহনা লৈখ্রে" লাইনিংবগী পাঙ্গমা ননাও অহু, মচা ধাবা মঙা ফংহনা হল্লকনি। ব্যাস ঐগী বরদগী গন্ধারীগী গর্ভদা খুংকন পাঙ্গলবা মচা ধাবা চামা পোক্লসম্ব অসি হায়হনা বর পিরম্লগা; ব্যাস মুনি হনখ্র ধৃতরাষ্ট্র, গন্ধারী অরাবা কোক্তুনা মুডক্তাইনা লৈ খি; মতম কয়ামুক লৈরগা গন্ধারী গর্ভগী লৈ খোনন ওইথরে; দৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা গর্ভগী মঙ্গল ওইনবা দান কয়া কর্চখি। গন্ধারীনা গর্ভ পুব অসি থা কুন শুথরে, মতম অসিমক্তা শতশৃঙ্গ পর্ব্বতা লাইগী কৃপাদগী, কুন্তীগী গর্ভদা মচাইবুং অমা পোক্লহনা; হস্তিনাদা ব্যাসনা য়ুম্মাং পাও থুডক্তরে। কুন্তানা মচা ধারা ফডেক্ত হায়বা তাবদ গন্ধারী মতোংদগী মশাবু কাওবা ওইনা রামনখিবনা লৈপাক্তা হাইথহনা তুংখ্রে। জ্ঞান লাকপা হৌগত্তুনা রাখল তৌরকই, কুরু শাগৈগী চৎনবা নিয়ম, মচা অহম্মা নিংথৌ ওইগদবনী; মরমঅসিন লাইবক ফবী কুন্তীনা রাজমাতা ওইব্রগনা। ঐদি লাইবকথিবী ওংবনা গর্ভস্থ চহি অনি শুরগ করম্বা কর্ম্মদোষননো পোক্রে; রানবা পুবা তারে গর্ভসী মাডহনখ্রগে। মরিংক্লেন কল্লবী গন্ধারী সতীত্ব রাখল লেপখ্রহনা কোম্নং মনুংদা চওখ্রগা য়োংক্তক অমা লৌরগা গভত্ব তকথরক্লে; গভ্র মকোক নথোং মথুং নাইদে। (মাংস পিণ্ড) মতুম অমা ওইনা লৈপাক্তা তারে। মাসি ধৃত রাষ্ট্রস্থ খডহৌদ্রে। মতুম ওইনা তারিবহু উবদা মুডওাইতহনা হুন্দোকহল্লুগে থন্দুনা মনাইন্নগী কৌরকই। মতম অহুদা তপবন্দ ব্যাসনা উথি, খুদক অহুদা যোগ শক্তিনা লাকপনা মিকুপ মখা খুডংবে। ব্যাসনা শাওনা হায়রকই, গন্ধারী ধর্ম্ম পুম্নমক থওবী সতী নংনা; গর্ভপাত্ত ওইহল্লিবা কলক মীহৌবদগী নচা চামা ফজদরা! গর্ভবু নংনা মাংহনবা হৌনবরা? ব্যাসগী রাহায় তাবদা গন্ধারী

ইকাইবগা লোইনন্না খুৎ লোয়্নলা, হিরুহিক লাওরা রাহান্না নোল্লা হায়রম্লে। গুরুদেবগী য়াথঙবু হিল্লোকুনা, হৌন্নত্রবা মতৌ ল্লাঙ্গু রিবা অসি জ্ঞান লৈজবী মুপীনি খুমবীমা, মুনিনা অযুক্তা ঐবু পোকপীয়্। ব্যাসনা হায়রকই গন্ধারী ঐনা হায়বা রাদি কদিগুম্বদা হিল্লোকম্ম, ঐগী রাসি লৌ ঐগী য়াথঙ অরেম্বদা মাংলোই, মাংস পিণ্ড অসিদগী সোইদনা নচা ১০০ পোক্কনি। ঘি থাজতপ য়ৌনা য়ৌনা হাপ্পা চক্রু অহনবা চামা পোরকউ, ঈশিং অশেংবা থরগা ছুরী অমগা পীয়ু। ঐনা মাংসপিণ্ডবু শরুক চামা থোক্না থাইদ্রোররগা, নচা ফংগনি। গন্ধারী, ব্যাসগী য়াথং মতুংইন্না লাংদুনা। পোং পুম্নমক লানসিল্লি। ব্যাসনা পিণ্ড ঈশিংনা শেংনা চামথোক্লগা, মতুপ মতুপ ককপগা থাইদোক্লকই। মুনিনা অসুম থাই-দোক্লকপা, গন্ধারীনা মচাপুপী অমতং ফঙনিংদুনা শ্রীহরিবু নিংজরগা পুক্লিংদা নিজখি। সতীগী নিংবা থুঙ্কহনবিগে হায়না, শ্রীহরিনা কৃপা হাপখি, ব্যাসনা চামা শুনবা থাইদোক্লকপদা শকক অমা হেল্লমই, ব্যাসমুনি ঙক্লদুনা ধ্যান তৌদুনা য়েংই, মবম পুম্নমক থঙজদুনা হায়রকই। হে সতী নংনা নচা নিঙান অমা ফঙনিংদুনা নিজরিবা শ্রীহরিনা থৌজাল পিবীখরে। মরম অসিনা নচা কন্যা অমা ফংগনি, ঘাচক্রু অমগসু পাম্মু। গন্ধারী খুংঙাইজরদুনা ঘী চক্রু অমসু লানশিন্নে, মুনিনা থাংদোক্লিবা মাংস পিণ্ডশিং অদু ঈশিংনা শেংনা চাম্লগা, ঘী চক্রু থুদি দা অমমম হাপ্লগা মখুম খুমজিল্লি। ব্যাসনা অমুক হায়বকই, হে গন্ধারী চক্রুশি অসি চেকশিন্না থম্মু। করিগুম্বদসু মথুম হাংদোক্তুনা য়েংলুগনু; মাগী মাগী মতম শুরগ অঙা ওইরক্তুনা চক্রুদু মরাইনা পোথাইজরক্কনি। হে—বধূ ঐগী য়াথং অসি ঙাকউ, মথং মথং নচানিপা ১০০ নিংঙান অমা শোইদনা ফংগনি অসি হায়বমলগা ব্যাস মুনি আশ্রমদা চনখি। গন্ধারী কোথ্ন মগুদা চেকশিন্না থমই, ব্রহ্ম ভুজন কয়া কংলি দান কয়া তৌখি। গন্ধারী মচা ফংনবগীদমক অমসুং মঙ্গল ওইনবা শ্রীহরিবু পুজা তৌজে। মতৌ অসুম লেনকপনা চহি অমা শুরকপদা, কলি কোবা য়ুগন লেপ্পা ওইররবা মচাইবু ঙো অহল দুর্যাধন অযুক্কী য়ুথক্কী মতমদা পোকখি। দুর্যাধন পোকপা নুমিৎতুগী দুর্যাধনগী য়ুথক মতমদা শত শৃঙ্গ চাওথকা কুন্তীগী গর্ভদা ভীমসেন পোকখি। দুর্যাধন পোকপগা হওড়া হাযনা কপ্পকপা খোংপ্রম্না (গদর্ভশব্দদা) গধানা খোঙবগী খোনকমগা মান্নানা লাওনা কপ্পকই। অঙাং কপ্পগী খোন্থাক তাবদা লংজা, উ ্ইবী, কাংযন, কাক, মকু, রাকোম্নচিংতা অমঙ্গলগী উংচক মশি নাইদনা পাইশিল্লক্লগা লাক্ল লাক্লা নিন খোংলৈ, নুংশিৎ অকনবা অস্থি শিংলি, উপাল রাপাল তেংক্লে। লমহুই, য়ুমহুই, শাবগ শঙ্গু শঙ্গু খোঙহুনা চেম্নবক্লে। হস্তিনা লৈপাক ভুমীকম্প তৌই, ঈনা নোং চুথখরে। মৈবা শঙ্গাইশেপ পাইখরে। অমঙ্গল অসি উবদা ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ রাজনা অহল্লমন পাত্র মন্ত্রি পণ্ডিতশিং কৌশিনখি। ময়ামগী মাংদ ধৃতরাষ্ট্রনা হাযরকই, শত শৃঙ্গদা ইনাওগী মচাপোক্ল তাবদা শাগৈগী ইচা অহন্না নিংথৌ ওইগদবনি, মাসিবু ঐনা চিঙনবা লৈতন সুংঙাইরি।

ঐগী ইচা পোকপা মতম্দা অমঙ্গল থুংঙরিবা অসি করিননো? বিচার তৌরগা মরম হায়বিয়ু। মিয়াম পুম্নমক অথবা রাজ্য নি থোগী মাই য়েংনবদগী হায়দোকপা ওয়্থিদে। বিদুর মন্ত্রিনা মরাম্নুংগী মকমদা হায়রজরকই, য়াম্নুং মহারাজ ভাবিয়ু। অঙাং অসি মীহাকক্তা কুরু শাংগ তুম্নরগনি, প্রায়শ্চিত লৈররোই অর্থাৎ অসিম্নদি মাংহুনবিথো? নিতি শাস্ত্রনা হায়রি শাগৈ অমা কম্নবগীদমক মী অমা

মাংহল্ল ? খুঙং অমা কল্লবগীদমক শাগৈ অমা মাংহনগনি ; লৈপাক অমা কল্লবগীদমক শাগৈ অমা মাংহনগনি, লৈপাক অমা কল্লবগী মরমদা খুঙং অমা মাংহল্ল ? মাসি দোষ লৈতে। মরম অসিনা শাগৈ কল্লনবা তৌবিয়ু, ছুংদা ইচা ৯৯ ফংলকথিগনি ; ময়ামগী মঙোল ওইগনি অমুম্না বিদুর মন্ত্রিনা হায়রখি। বিদুরগী রাকম অসি ধৃতরাষ্ট্রনা মচাবু মুর্শবদগী য়াথিত্রে ; মচাবু লুনা য়োকখি ( অহুগী মতুংদা চহি অমা লৈরগা শত শৃঙ্গদা কুন্তীনা অর্জ্জুন পোকখি। হস্তিনাদা দুর্য্যাসন পোকখি মথং মথং মচানিপা চামা নিঙোন অমা দুশল্যা কৌই, গন্ধারীগী গর্ভগী মচা ১০১ পোক্লে। বৈশ্য নিঙোল দাসীনী অমনা গন্ধারীনা মচাময়াম য়োকপা মতমদা থরাই য়াওনা নিংথৌগী সেবা তৌই। ধৃতরাষ্ট্রগী ঔরসদগী মচানিপা অমা পোকই, মমিংনা যুযুৎসু কৌই। মথোইশিং অসি মশক মতৌ ফজে, মঙ্গল চেল্লি, মপাঙ্গল মরোশিং য়াম্না চঙথোল্লি। কৌরব শাগৈ চাওখৎলকপা ধৃতরাষ্ট্র মচা পোকপগী, রারী অসি পুন্যগী মশল্লি। শকনিং চঙনা তাভবদা শাগৈ চাওখংলি অসিগুম্বা আদিপর্ব্বগী রাবীবু তোল্লবা শ্রী৺অঙাতোন সিংহনা ইমা লোন্দা ইজবি।' ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

## অধ্যায় :—

## পাণ্ডুনা মচা মণ্ডা ফঙবগী খন্নবা।

### রারী মতাং।

সৌতিনা হায় তাবিয়ু মুনিসভা, বৈশম্পায়ণ মুনিগী মফমদা হংজে, জন্মেজয় নিংথৌনা। মুনিদেব পাণ্ডুনা মচামণ্ডা ফংখিবগী রারী লিবীথো। কমদৌনা ফংখিবগে তাজনিংই। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই, জন্মেজয় নিংথৌ শতশৃঙ্গদা লাইনিংলিবা পাণ্ডুনা নোংমদি কুন্তীগী মফমদা হায়রক। হে—কুন্তী মুনি ঋষিশিংনা হায়রকপা রারম পুন্নক নংনা তারক্লবনি। ঐদি মৃগ ঋষিগী শাপা ইচা পোক্লবা উপায় লৈত্রে। নংনা ইচা ফঙনবা লম্বী য়েংঙগা পিতৃলক্তী লমনশিংনবা হোৎনসি ? শাস্ত্রগী বিচারদা মচা ফংনবগী মরম লৈ, ঐ হায়গে নংনা মুন্না তাবো। মীওইবনা বিধাতাগী নোংদমদা মচা পোকচ তনমত্রবদা, মচা ফংনবগী মরম ১২ পিবী। ঔরসগী মচা অমা কনাগুম্বা অমমা মচা ওইদরো পীবা মচা, ২শুবদা মমল পিদুনা লৈবগা য়োকপা মচা, ৩শুবদা য়োকপীমবা লৈত্রমা শিবতারবগী য়োকপা মচ ৪শুবা শৈরানীগী গর্ভদগী ফংবা মচা, ৫শুবা মপুরোইবগী য়াথং মতুং ইন্না অতোপ্পা নিপা অমদগী বর লৌদুনা পোকপা মচা, ৬শুবা মচা নিঙোনবু য়াওং ইনহন্দুন পোক্রগা মানা য়োকচবা মচা, ৭শুবা মনাও নিপাদগী ফংবা মচা, ৮শুবা শাগৈগী ঈ অশেংবনা জাং হস্তবীদা পোকলুবা মানা লোখৎতুনা য়োকপা মচা, ৯শুবা বিত্তা তম্বিদুনা শেম্বিবা মচা, ১০শুবা কৃষ্ণ মন্ত্র ভক্তি তাকপিদুনা ফংবা মচা ১১শুবা ( শরনাগত ) ঙেঙ্গরক্তুনা ফংবা মচা, ১২শুবা অসিনা পিণ্ডদান পিবদা পিতৃলক

লাল্লি; পিতৃ ঋন শিংবা য়াই হায়রনা বেদনসু হায়রি। মরম অসিনা ইমান্নবদগী ওইরবসু ইথকথোংবা মীদগী ওইরবসু নিহুনা ধারা কংবা য়াই। মমা'ঙৈদা শরদণ্ড কৌবা নিংথৌনা মচা পোকত্রবদা দময়ন্তা কৌবা মাগী রাণী ঋতুস্নান লুমিংতা সংব্রাহ্মণ অহুম বার্ত্তণ তৌহুনা কৌরগা যজ্ঞ তৌহুনা মৈদা হোম কংপা লোইরগা ব্রহ্ম ভজন তৌই। লুমিং অহুমা ব্রাহ্মণবু সেবা তৌহনহুনা থম্মী। অহিংদা রাণীবু ফিজেৎ নৈতেং হরগা লৈশবেং শিহন্দূনা ব্রাহ্মণ অহুমদা বব নিহল্লি। ব্রাহ্মণগী ঔরসদগী মহারাণীগী গর্ভদা খুৎকন পাঙ্গলব মচা ধারা অহুম কল্লি। মরম অসিনা ঐনা য়াথঙ পিরবনি ব্রাহ্মণদগী ধার নিহুনা চে পুথা নংনা ঐবু ইচা কংহল্লু।

কুন্তীদা হায়রকই মহারাজদি ধর্ম্ম খঙবা পণ্ডিতনি; ঐসু ধর্ম্ম তাকচবা ননাই লুপানী; নহাক নত্তনা অতোপ্পা অমা য়েংজবা ঙমলোই। মহারাজদা মুনিশিংদগী তাজবা পৌরানিকী রাণী অমতা লিজগে; মমাইঙৈদা ব্যুসিতাশ্ব কৌবা নিংথৌ অমা লৈরম্মী; কৌরব নিংথৌগী মচানি। মদ্র নিংথৌগী মচানুপী ভদ্রাবতী কৌবা রাণী; কুক্ষিবান নিংথৌগী মচানুপী সুলোচনা কৌবা রাণী অনিনা, সেবা তৌই। ব্যুসিতাশ্ব নিংথৌ পাখোমখী পাঙ্গা পৃথিবীগী নিংথৌশিং জয় তৌহুনা সর্ব্ব ভুমাপতি ওই রম্মী। ধর্ম্মদ পোইদোকই যজ্ঞন লাইবু পেনহল্লি, দক্ষিনাদা ব্রাহ্মণ পেনহল্লি, দানা লাহবনা প্রজা পেনহল্লি; সেবানা অতিথাবু পেনহল্লি; ভক্তিদা মমাই কল্লি। রাণী অনিনা মচা পাম্বদগী সেবাদা পুক্কি চঙ্গী। রাণী অনিগী কামনা হেন্নখৎলে; নিংথৌ মচা পোক্নমদনা যক্ষ্মা রোগনা শিবে। মপুরোইবগী অশিং মশাক কোল্লগা রাণী অনিহু নোঙথাঙবঙুম কপুন থাদোক্তুনা অহুম লেপ্লে। সতী অনিগী পুকো উবদা লাইবৈপাক্তনা লাওখক্লে। এগী শবকেগী শৈয্যাদা যতন তৌনা থম্মগা সেবা তৌ! ঐনা লাক্লুনা নখোয় অনিমক নচা পোকহনগনা। আকাশবানী থাবদা রাণী অনিনা আসবা মশাহু! নিংথৌ হিদাক থানগা শৈয্যাদা থমলে। সেবা তৌজখি। রাণী অনি ঋতু ওইরকপা মতমদা লাইরপাক্তনা, লাক্লুনা শবদোহদা চঙলগা পুদোন পিহুনা ভদ্রাবতী মখং মখং মচা মরি পোকখি। সুলোচনাগী গর্ভদা মচা ধারা অহুম পোকখি; মহারাজসু মাগী শক্তিনা ঐগী গর্ভদা মচা পোকহল্লু। পাণ্ডুনা হায়বকই কুন্তা মাহুদি মীওইবনা ওইথোক্তে অসবা হকচাংবু সেনা তৌরগা মচা পোকপ্রিবা অত্তগী লাইগী থৌজান্দগী ওইখিবনি। অত্তুগী মতৌসু ঐদ শক্তি লৈজদে, মমাইঙৈদা লেপত্রবা ধর্ম্মগী নিয়ম অমা লৈ ঐ লিগে শারো।

ব্রহ্মাগী অহানবা স্বষ্টিদা নুপী নিপাগী চংনবা অসি ঐগী মাগী থারুদনা নিঙঙক নিঙঙকপগী তুইল্লা; চংনবা য়ারম্মা। মতম অহুদা উদ্দালক কৌবা লাইনি কল্লব ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী; মাগী নুপী সুবলানী ব্রাহ্মনীগী গর্ভদা গুনচেনবা শ্বেতকেতু কৌবা মচানিপা অমা পোকই। মচা অসি মমা মপাবু লুনা নিঙিঙ মমা মপাগী সেব তৌদুনা লৈরিঙৈদা মনি অমা লাক্লগা মমাবু খুদা য়রহুনা পুখ্রে। শ্বেতকেতু শাওনা মপাদা হায়রকই; পিতাজি ইমাবু মুনি অসিনা ইপাগী মফমদগী লোং পায়না পুখ্রিবা করিগীনো? উদ্দালকনা হায়রকই ইবুঙো। শাওকনু নমা হল্লকখিনি; মানা মা নিঙঙকপগী মতমদ পুনবা য়াবা অসি ব্রহ্মাগী স্বষ্টীদা! য়ানরবা নিয়মনি। রাহু তারগা অচাঙু

অমুক হেন্না শাওথ্রংনা হায়রকই। অসিগুম্বা শজত্রবা ৱবকপু ত্রস্কামা থোকহল্লিবা? জগত্তি শেম্নগা নিয়মদি থওদবদগী ফত্তবা ৱবক অসি থোকহনখিবনি। ভসিদগী হৌহ্না ময়াইদা ফজরবা নিয়ম লেপ্লগনি। য়েংবিয়ু পিতাজি ঐগী লাইনিংগী পাজন্না মুপী ওইবনা মপুরোইবা নত্তনা অতোপ্পদা মিৎয়েং তাব্রবা নিপা ওইবনা মীগী মুপীদা ধর্ম্ম কাইররবা মীশিং অদো নরকতগী কাবা ঙমদবা ওইরসু। মুপী ওইবনা মপুরোইবগী য়াথংবু চাকত্রবা শাগে করনবগী হায়বদা থওইদনা মপু-রোইবগী য়াথঙ ইন্দ্রবা। মুপীশিং অঠ মতম কুইনা নরক তাসু। অমুম্না শ্বেতকেতুনা নিয়ম অসি লেপ্তুনা চৎনহনখি। মমাউভঙগী রা অমসু হায়গে অযোধ্যা লৈপাক্কী নিংথৌ সূর্য্য বংশগী সৌদাস কৌবা অমা পাল্লম্মী; রাণীনা দময়ন্তী কৌই। মচা পোক্কবনা শাগে মুত্তনবগীদমক, মপুরোইবগী য়াথঙ ভাকুনা বশিস্ত মুনিদগী বর নিহ্নুনা মচা পোক্কগা সতী দময়ন্তীনা সূর্য্যবংশবু কনখি। মরম অসিনা ঐনা য়াথং পীরবনি ইচা পোকপগী পাজ্জল লৈত্রবনা নত্তোন্দা হায়জরবনি; কুন্তী নংনা ঐবু লানহল্লু অমুম্না পাণ্ডুনা হায়জরক্লে। পাণ্ডুগী ৱাংশিরবা রাহায় অসি তারবদা পতিব্রতা কুন্ত না মমাউভঙগী রাক্কম অমা নোল্লুক্না হায়জরকই। তাবিয়ু মহারাজ ঙশাগী নাক্তা লৈরিঙৈ কুমারী ওই-রিঙৈদা; নোংমদি দুর্ব্বাসা মুনি অতিথী ওইনা লেগুক্লে; ঐনা মুনিগী সেবা তৌজে। ঐগী সেবাদা পেনবীরহনা দেবআকর্ষন মন্ত্র অমা পিবীরম্মী মুনিনা তাকপীখি মন্ত্রসিনা খুদক্তা নংনা কৌনিংব লাই অঠ কৌরগা বর নিবদা ফংজৌ হায়বীরম্নগা মুনি লেঙখি। হৌজিক য়াথং পীবীরো লাইদগী ইচা পোক্লবা বর নিজগে; করম্বা লাইবু কৌজো হায়বগে? তাকপীয়ু মহারাজ। কুন্তীগী রাহা অসি তাবদা পাণ্ডুনা হায়রকই, হে পৃথা যজ্ঞ হোম পূজা তৌহ্না মতম কুইনা নিওবদসু ফংব ঙমত্রিবা লাইবু খুদক্তা ফওবা রাবা পাজ্জল লৈনবদা। কারগী অমুক রারুপনী। অকবা ৱবক থুনা পাঙথোকপা কৈ, ধর্ম্ম লৈবা গুন চেনবা পাজ্জনবা ইচা ফওসি; ধর্ম্মরাজ যমবু ওসিমক কৌবা বর নিয়ু। কুন্তী মপুরোইববু য়েংওইননা কাহরগা থুক্রমজহনা য়াথঙবু লৌরখরে। আদি পর্ব্ব মহাভারতকি রারী অসি, ব্যাসনা লেঙখ্রবা তাজবদা পুন্সি মিংচৎ পুণ্য চাওখংলি অমৃতগী মশা ব্যাসদেববু থুকমজহনা তোল্লবা শ্রীহরিগী মনাই শ্রী৶অঙাতোন সিংহনা ইজরী। ইতি॥ হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

## অধ্যায় :—

# যুধিষ্ঠীরনচিংবা পাণ্ডব মঙা পোকপগী—

### বারী মতাং ।

বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়, তারো মহাজার জন্মেজয়, হস্তিনাদা গন্ধারীনা, গর্ভ ওইখিবা মতমনি শতশৃঙ্গদা কুন্তীনা আকর্ষণ মন্ত্রনা, যমরাজবু কৌবক্লে। খুদক অহুদা যম, কুন্তীগী নাক্তা থুঙলরে পৃথানা ধর্ম্মরাজ খুরুমজহুনা। গুণ চেনবা ইচা অমত্তা পোকচগে হায়হুনা বর নিজখি। যমনা পেন্নহুনা শক্তি অমা খাইদোক্তুনা কুন্তীগী গর্ভদা হাপ্পীরগা হায়রকই; কুন্তী গুণ চেনবা ধর্ম্মলৈব নচা নিপা অমা ফংজরো। অস্সুম্না বর পিরম্লগা যম হনখি; কুন্তী গর্ভ ওইখিহুনা থা তরা গর্ভ মপুং ফারহুনা। অভিজিৎ নক্ষত্রনা পানবা, সুমিৎ য়ুংবা মতমদা অফবা ক্ষন দণ্ড লগ্ন কাইদনা কুন্তী মচা ইবুঙো অমা পোক্লে। খুদক অহুদা লাইনা আকাশদগী লাওরকই; পাণ্ডু হন্নক পোকইবা মচা অসি সত্য লৈবা ইন্দ্রি খুত্নম চনবা ধর্ম্মদা থোইদোকপা মী পুম্নমক্কা পুজা তৌনবা অচৌবা নিংথৌ ওইরগনি। মমিংনা যুধিষ্ঠীর হায়না ফাওরগনি লাইগী পাওতাক অসি তাবদা পাণ্ডু মুঙচাইজহুনা ব্রাহ্মণশিংদা দান কচ্চখি। মতম অহুদা শ্রীব্যাস থুঙলহুনা আশির্ব্বাদ তৌবিরে পাণ্ডু কুন্তী মাদ্রী ব্যাস মুনিব খুরুমজৈ। পাণ্ডু নচাসি ধর্ম্মনা অববার তৌরববনি পৃথিগী পবিত্র ওইরনি; শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইরগনি। পৃথিগী সর্ব্ব ভুমাপতি ওইগনা পাল্লগনি। হৌজিক ঐনা হস্তিনা য়োল্হুনা পাও তাকপীক্লগে অ'স হায়ম্লগা দ্বৈপায়ন লেঙখিবনা হস্তিনা য়োরক্লুনা ধৃতরাষ্ট্রদা পাও তাকপী রগা আশ্রম য়োখি। শতশৃঙ্গদা রাজর্ষি পাণ্ডুনা কোষ্ঠীইখ্রে; মমিং লাইনা তাকখিবা কাইদনা মুনিশিংনা যুধিষ্ঠীর থোল্লে ষষ্ঠী শোনথরে। মসিগী তুংদা কুন্তীগী মফমদা পাণ্ডুনা অমুক হায়রকই ইচা অসি থম্মোই তপ্পা বুদ্ধি চংখোনবা ধর্ম্মদা থোয়দোকপা অমা ওইরগনি। ব্রাহ্মণগী জাতিদদি অসিগুম্বনা অথোইবা ওইগনি; ক্ষেত্রি ঐখোইগীদি, খ্বাইদগী হেন্না পাঙল লৈবা অথোইবা ওইগনি মরম অসিনা অকনবা ইচা অমগা ফংম্বা, তকনবা লাইদগী বর অমগা নিয়ু। মবুংতোগী য়াথং ফংবদা কুন্তীনা রাখল তৌরকই লাইখিবিক্তগী পাঙনবা লাইদি মুংশিংনী মঙোন্দগী বর নিবগে খল্লকই। কুন্তীনা অফবা সুমিৎ য়েংঙগা মন্ত্র শোন্দুনা মুংশিং কৌবা লাইবু কৌরক্লে। পবন দেব খুদক অহুদা থুঙলরে কুন্তীদা হায়রকই; সতী নংনা ঐবু কৌবদি করি অপাম্বা লৈবগে হায়য়ু। কুন্তীনা খুরুম্লগা হায়জৈ হে-দেব নহাক্কী থোঙান্দগী থোইদোক্লা পাঙল্লবা ইচা অমত্তা পোকচগে বর পিনবীয়ু। কুন্তীগী ভক্তিদা পেল্লহুনা, মুঙশিংনা শক্তি অমা থাইদোক্তুনা গর্ভদা হাপ্পীরগা হায়রকই। হে-বৈষ্ণবী মীওইবদগী থোইদোক হেন্দোক্ল' কল্লবা নচা অমা পোকচরো হায়না বর পিরমলগা মুংশিং চৎথরে। কুন্তী গর্ভনা থা তরা মপুং ফারহুনা হস্তিনাদা দুর্য্যধন পোকপা সুমিং

মুংথিলগী য়ুথক্তা মচা ইবুঙো অমা পোক্লে। পোকপগা অতাঙ্গি পাঙ্গল অংকানি কুন্তী মচাবু তম্পাক্ত পমগে থাঙ্গৎলূবদা। লুমনখ্রহুনা অমুক থাদখী। অতাংনা লৈবাক্তা মখোঙ ক্রড ক্রড কাউহুনা কপ্লকপদা। শতশৃঙ্গ মিকুনা চিঙদোল নিংথাইখী।

কপথিবা অতাঙ্গী থোঞ্জেল তাবদা নোংশা, কৈ, শামু গণ্ডা, ওক, শওম, লমযঙ, শদোনচিঙৎবা শাগী জাত শতশৃঙ্গ থাদোকতুনা; অতোপ্পা মনশিংদা চেন্নখি। মতম অহুদা অংগবানি তৌরক্লে তারো কুন্তী পাণ্ডু হন্দক্কি নচা অসিদি। মীওই মাতৌদা পাঙ্গলা পৃথিদা লৈবিবা অকনবা মীয়াম থিবিক্তগী; মানা হেন্না কল্লগনি। থমোই কনবা থৌজান হৈতবা ওইগনি; হকচাংনা বজ্রগুম্না কনবা থুংলাই চঙদবা ফত্তবা শিঙ্গি য়েন্নবা ওইগনি। কুন্তী পাণ্ডু অতাংগী মতৌ উবদা আকাশবানিদুম্ তারগা অঙকপা ওইখি। অদুম্না কুন্তী মচা অনি পোক্লে। পাণ্ডুনা মচাগী জাতকর্ম্ম তৌখি। অকিবগী মশক্তি হায়হুনা মমিং ভীমসেন থোল্লি। মতম খরা লৈবগা পাণ্ডুনা অমুক হায়রকই; থমোই শেংবী হে প্রিয়া! ধর্ম্ম লৈরবা অমা থোইদোক্না কন্নবা অমা ফংলগ গুণ পুন্নমক শুনা চেন্নবা ইচা ত্তমতগা পোকখিসি। হেং রাজগী মপু কবঙ্গা লাইবু নিংলগা গুণ শুনা চেনবা ইচা ফংগদগে? তাকপীয়। পাণ্ডুনা মুনিশিংদা ঙংঙ্গে করম্না লাইনা গুণ পুন্নমক শুনা তিনবগে? ইগা অমতুগা ফঙথিগে তাকপীয়। মুনি ময়াম্না হায়রকই; হে-পাণ্ডু লাইথৈ বক্রুগী গুণ শুনা চেনবদি ইন্দ্রনি; মাবু চহি ১ নিঙতম্ অপাম্না থৈবিক থুংগনি। নিঙদ্রবদী অপাম্বচ শুনা ফংবা য়ারোই পাণ্ডু মনি শিঙ্গি পাওতাক মতুং ইন্না চহি অমা অরাধনা তৌখি; পাণ্ডুগী ভক্তিদা শেল্লহুনা ইন্দ্র থুঙলবে; হে রাজর্ষি করি অপাম্বা লৈবগে নিমু? হায়রক্লে। পাণ্ডুনা দেবরাজবু খুরুমজে হে লাইগী নিঙথৌ গুণ পুন্নমক শুনা তিলবা ইচা নিপা অমত্তা পোকচগে নহাক্না থৌজানবীয়ু ইন্দ্রনা লেপ্পা ফংজবো হায়না বর পিরম্নগা হনখি। পাণ্ডু মুডাইক্করহুনা কুন্তীদা ইন্দ্রবু কৌরগা বরনিরে? সোইদনা ফঙগনি হায়না তাকখরে। মপুরোইবগী য়াথং ফংদা কুন্তীগী মন্ত্রনা গোরাবেনবু কৌরক্লে ইন্দ্র লাক্তুনা প্রেমগা লোয়নননা বর পাবরে। ইন্দ্রগী ঐপসনা শক্তি অমা কুন্তী গর্ভ ওইগৌরে; দেবরাজ হনখি ইন্দ্রগী শক্তিনা ওইরিবা গর্ভ অহু থা তরা মপুং ফারক্লুনা কুন্তী মচা ইবুঙো অমা পোক্লে। পোকপগা আকাশবানী লাওরকলে, পাণ্ডু কুন্তী নচাঙ লাইবু হিংচাবব ডম্নগানি, পাঙ্গল মহৈদ, মিংচত্তা কার্ত্তবির্যার্জ্জুনগা মান্নগনি। ধনুর্বিদ্যাদা পরশুরামগা মান্নগনি। মংবোল ৩ তুনা ফাওরগানি লক্ষ থাঙ্গা জয় তৌনা যুধিষ্ঠিরবু অভিষেক কৎলগানি। পিতৃলকপু উদ্ধার তৌরগনি থাঙবন থাতুনা মৈং পেলহনগনি অশ্বমেধ যজ্ঞ কংলনি, অদুম্না য়াঙ্গানা আকাশবানী তৌরকখি। অতাং অসিবু য়েংবা লাইমাম লোইননে। ইন্দ্র লাকহ লাংরেনবাশিং জগোই শাথী, গন্ধর্ব্ব কিন্নর যক্ষ, রক্ষ, প্রজাপাত, সিদ্ধঋষিশিং; লোইনা থুঙলবে। অমাবু আশীর্ব্বাদ তৌরমলগা লোইনা হনখি; পাণ্ডুনা মচাবু মশক ফংবা হায়দুনা মমিং অর্জ্জুন থোল্লে। কুন্তীনা মচাবু কৃষ্ণবর্ণনি হায়হুন কৃষ্ণ থোল্লে মুনি ময়াম্না ফাল্গুনী নক্ষত্রদা পোকই হায়হুনা ফাল্গুনি থোল্লী মতম কয়ানিংক লৈরগা পাণ্ডুনা কুন্তীগী মফমদা হায়রকই প্রিয়ে ঐন, ইচা পাম্মীবসি নিঙবথুংদ্রে। নত্তোন্দা অমুক হায়গদবনু

ভুপীনা নিপা মরিশুনা সেবা ফঙদুরবদি সৈরিনী কৌই, মঙাগুরগা বেশ্যা কৌই, মঙাদগী হেনগ্রগা অসতী নারী কৌখ্রে। মরম অসিনা নডোন্দা হায়রগদবা মতিক চাগ্রে; অশুন্না ৱারী শাবৈ মতম কয়ানিমুক মচা ফংলিংবগী ৱাৎন্দা লুপুনা লৈ; রাজর্ষি পাণ্ডু অদো। ব্যাস মুনিগী মফমদগী হস্তিনাদা গন্ধারী মচানিপা চামাশুনা ফংখ্রে হায়বা পাও তারে। পাণ্ডু মাদ্রীগী মনাও। ফমহুনা হায়রকই; ইবেম্মা কুরু শাগৈগী মৌদা, লাইবকথীবী অসি নতোমতা ঙাইরে, গন্ধারী কুন্তী, পরাসখী. গুম্মা মচা ফংনখ্রে। নঙ্গিদমক থনবদা ঐ ৱারে। মপুরোইবনা মচা ফংহন্নিংবহ্ উবদা মাদ্রীনা হায়জৈ, তাবিয়ু মহারাজ ঐনা কার অমুক হায়গনি, কর্ম্ম ফলনা ফংজবনি। ইচেম্মা চানবীরবদী মন্ত্রগী শক্তিনা লাইদগী বর নিরগা মচা পোকচবা য়াবনী। অহুবু পিরক্নি পিয়ক্লোই থঙদনা হায়জরগদবসু কি ইচেম সতীগী মশুননা চাওবদগী মাদ্রীগী নুংশিরবা ৱাহায় অসি তাবদা নিংথৌনা হায়রকই ৱাফম অসিবু ঐনা তত্তনা থল্লি; হৌজিক্তি নংনা হৌদোক্লবনিনা ধর্ম্ম কায়দবীনী নংম্ ঐনা নচেমদা হায়বীরগনি। মাদ্রীদা ৱা অসি হায়রম্লগা কুন্তীগী নাক্তা চঙভক্লুনা পাণ্ডুনা হায়রকই; শাগৈগী মঙ্গল ওইনবা মরম অমা হায়গে তাবো — হে সতী ইন্দ্র পদবী ফঙওবা ইন্দ্রমগা যজ্ঞ তত্তনা তৌই; বেদ শাস্ত্র থঙওবা ব্রাহ্মণমক্তা মঙ্গলগীদমক সংব্রাহ্মণবু সেবা তৌই। মরম অসিনা কুন্তী নডোন্দা ঐনা হায়বা ৱা অসি অমুক্তা তাকুনা মাদ্রী ননাওবু অমুক্তা অমম্বা শংসারদগী লানবীয়ু।

মাদ্রীগী মচা পোক্লবা উপায় তৌবীয়ু; মাদ্রীনা পোকপা মচানা নঙ্গিনচাশিঙ্গি সহায় ওইগদবনী। মবুডেঙোগী ৱা অসি তারবদা কুন্তীনা হায়জরকই; থৱাইগী মপু ওইরিবা ইবুঙো নহাক্তি য়াথং ঙাকচনুনা অমুক কৌবা য়ানবগী শক্তি ওইনা, মন্ত্রসি ইনাওদা পীরগে। অসি হায়ডুনা কুন্তী মাদ্রীবু কৌশিনখবে, মাদ্রী মচেম্ খুকমজহুনা মন্ত্রবু নিজরকই; কুন্তীনা মন্ত্রহ তাকপীরে। অঙগা হায়রকই মাদ্রী মন্ত্রসি, অমুক্তঙ্গি শক্তি ওইনা পীবনী মতুংতাবদী য়ারোইকো থঙু। মাদ্রী কুন্তীগী খোজান ফংজরবদা ৱাখল তৌজে, ইচেম্মা পীরীবা মন্ত্র অমুক্তগী হেন্না মতুংতাবদি য়ারোইদৌরী। অমুক কৌবদা অনি ফংবা লাই পুন্না চৎপা অশ্বিনী কুমারবু নিংশিঙভক্লুনা মন্ত্রনা লাই অনিবু কৌরে, মাদ্রীগী গুম্না লাইফাইবোক মাইবা অনিহু খুদক্তা থঙডরে। লাই অনিনা হাইরকই, মাদ্রী নংনা কৌবদী অপাম্বা হায়যু, মাদ্রীনা হায়জৈ ইচানিপা অনিদং ফংজগে নিজ্রে। লাই অনিনা শক্তি অমমম মাদ্রীগী গর্ভদা হাপ্পীরম্মগা হনখরে। মাদ্রী বর ফংজরে। অশ্বিনী কুমারগী ঔরসদগী গর্ভ ওইহুনা থাঙরা সুরগা মাদ্রী মচানিপা অনি পোক্লে। পোকপগা লাইনা লাউবকই, "পাণ্ডু মাদ্রীগী গর্ভদা পোকইবা নচা অনিহু" মশকমতৌ ফজবদা অথোইবা ওইগনি মহৈ মশিং মপাঙ্গল চঙথোমগনি। পাণ্ডু মুঙডাইজরে মচাগী যাত কর্ম্ম লাওখি মুনি মরামা মমিং "অহন্না নকুল অতোনবনা সহদেব থোল্লে" মচা মঙা ফঙওবদা নিংথৌ মুঙডাইবদা ঙমথৈ লৈতরে। "কুন্তী মাদ্রী পাণ্ডু অহুমক" মচাবু মিৎকুপ অমা ফাওবা থাদোক্তনা মচাগী কুম্মৈ য়েংহুনা মুঙডাইজখি।

নোংমদি পাণ্ডুনা কুন্তীদা হায়রকই, সতী মচাগী কুম্মৈবু হেন্না ফংঙাইবা জগত্তা লৈরম্মরোই। মচা হায়বসি মীওইবগী অথোইবা লম্নি। দাদ' ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌনা মচা চাম পোকচবা লাইবক কৈ, মরম অসিনা মাদ্রীদা মন্ত্র অমুক পিয়ু ইচা য়াম্না পোক্লগা য়াম্না ফংঙাইবা ওইগনি। কুন্তীনা হঙ্গংচৈ মহারাজা অমুক ভাকপিরগনু; ইনাওসি লৌনম তৌই। ঐনা মন্ত্র অমুক্তংগী পীরগা মচা অনি পোকপা ঙমই, ঐ কিজে। মরম অসিনা মাদ্রীগীদমক হায়রবীগন্নু; ঐনা প্রাণ নাথবু থুকমজরি। কুন্তীগী য়া ভাবদা পাণ্ডু য়া ভাংথিদরে। মচা অমুক ফংনিঙবগী য়াখল থাদোক্লে। অসিগুম্বা ব্যাসনা লেংখ্রবা মহাভারত অসি তাবদা অমৃতগী মশক্তি, মসিবু পৌরানিক পরিষদকি য়াথং মতুংইন্না তোল্লবা শ্রী৺অঙাওোন সিংহনা ইমালোন্দা ইজবা অরানবা থৈবিক রসগ্য পম্নমক্লা ভাকপিগনি নিংজৈ। ইতি

হরিবোল হরিবোল হরিবোল॥

---

## অধ্যায় :—

## পাণ্ডু নিংথৌ মাদ্রী শিবগী—

### বারী মচাং॥

বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়—তারো মহারাজা পাণ্ডু মচা য়োক্লুনা ফংঙাইনা লৈবদগী ঋতু রাজ বসন্ত ওইরকপদগী। উরি উপাল হৈ লৈ মেনিং চোঙ্ঙকপনা লৈগী জাংগুনা শাংলক্লে। হৈগী জাং মরু লুক্না পাল্লক্লে, খোইমু শঙ্গ্‌শিংনা ঙংহুনা লৈরিক চুম্মনা মথৌ ওত্ববক্লে। কোকিল লাবা অমোম্না জুরা জুরা উশাদা লোংহুনা; পঞ্চম স্বরনা খোংবদা নিল্লকই। য়াহোং লাবা অমোম্না অপোই শাবা হৌরক্লে। ইংলবা মলয়া নুংশিংনা লিরি লিরি হৈনম লৈনম পুক্তনা শিনথুনা চুমলক্লে। অসিগুম্বা বনগী ফজবা মতমদা মচাশিংবু কুন্তীদা শিন্নরমগ, পণ্ডু মাদ্রী লোইননা নিকুঞ্জ বন্দা হৈ-লৈ হেকপা চংঙকই। মতম অসিদা থৈকবা কুন্তী মচা অঙাং মচাহু হোংনহুনা বালা প্রেমদা তাওহনা লৈবদগী কুন্তীহু নিংথৌনা মাদ্রী লোইনখিবসি থঙহোদ্রে। ফজরবা বনগী মনুংদা কোইরকইবা পাণ্ডু ব্রহ্ম শাপকী মতম শুররপনা কাম কৌবা লাইনা লেগী লিরুং লিবি চন্দুনা মুহন, হরণ, স্তম্ভ, উৎঘন, উন্মাদন, কৌবা লৈগী তেন ৫ না পাণ্ডুগী থম্মোংদা থাবরে। নিংথৌ লৈগী তেন্না থাবগী মৈচাক্ল মাদ্রীবু চিংনা য়েঙ্ঙকখি। ফুগাইরবা থংালগুম্বা পুর্ণিমা থাজগুম ভাল্লিবী। মাদ্রীগী মাইথোং, মিৎলুনা খঞ্জাল লৈকা ঙমজবী মিংথৈ থারকপনা শক্তি অমোম্বু ঙমজবীনি। নাকোং অনিনা গৃধিনীব ঙমজবী; পয়োধর অনিনা দাড়ম্ব ফলব ঙমজবী॥ নিতম্বনা মপুং ফানা ফজবী শাজংনা কাঙ্ঙগুম মিঙথিবী, ভাংথোক্লকপা য়াহৈনা অমৃত থিক্লকপগুম্বী, মাদ্রীবু উবদা রতিগী অরাম্বা. থৌরাংবনা পুনখিহুনা জ্ঞান মাংখদগী মুনিগী পাপ্ন, কাউথহুনা মাদ্রীবু পাম্বোম অনিনা কোনশিনখ্রে। কাল কৌবা লাইন

গ্রাস তৌরকপনা, জ্ঞানৈশ্বর্য্যবা পাণ্ডুরাজ মীগী মাংলমনায়দা বুদ্ধি ওররকই হায়বগ্ন মতমচুদা খোকপ্লে। মতৌ অদু উবদা মাদ্রী সত্তী লাউনা অকনবা রাহৈনা হায়রখী, থাদোকউ মহারাজ মাংবা তারে। মৃগ ঋষিগী শাপ্প কাওরবরা লেপ্না শিবা তারে। রা অমি হায়দুনা "খোঙ থুং ফ্রঙ ফ্রঙ চোংদুনা কল্লী। মতম্না কনখিবনা। মাদ্রীগী রাবু তাখিদরে। মতম্না তৌরকপা পবক কনানা ককপা ঙমগনি। অখোইবা পণ্ডিত ওইরবা পাণ্ডু মতম্না জ্ঞান মাংহলখিদুনা। পাঙ্গল থেক্লা রক্তি রলবু লৌখরে। ঋষিগী শাপ মাংবা রাদবনা খুদক অহুদা পাণ্ডুরাজ পরলক তানখরে। নিংথৌনা শিরবদা মাংলে মাংলে হায়দুনা খোঞ্জেন রাংনা কপ্লক্লে। কন্নগী খোঞ্জেনবু অরাপ্পদা কুন্তীনা তাখী। লৈবা ঙমক-ত্রদুনা মচা মঙা পুদুনা থিরকপদা। মাদ্রী পাণ্ডুবু লৈবা উদরে। মতমদু থেঙঙক্লে, কুন্তী রাবনা ঙমখৈ লৈত্রদুনা কপ্পা তাখিবা মাইগৈরোমদা মচা মঙা পুরগা থুনা রাংনা খিরক্লে। রৌরকপদদা পাণ্ডুগী মৃতু দেহে কোল্লগা মাদ্রীনা কপ্পুনা লৈরম্বদু উবদা, কোক্তা বজ্রনা থাবগা মান্নখিদুনা কুন্তী লৈপাকথক্তা হাৱথখ্রে। জ্ঞান লাকপদা মাদ্রীদা শাওনা কপ্পুনা হায়খি, হে — মাদ্রী করি মতৌনো ? নংনা ইপুরোইবা হাংপনী। নংগা লোইনদুনা চৎলগা; থামদবা মৃগঋষিগী শাপ্প কাওরবরা ? মরম অদুদগী বন্দা লৈরিবা নত্রা ? মিংকুপ খুদিঙ্গি ঐনা নিংথৌবু শেন্নদুনা থম্বনি, কমদৌনা পুখোক-খিদ্রেনা হাংলুবিবনো ! কুন্তীগী রা তারগা মাদ্রীনা হায়জৈ, হে — ইচে ইবেম্মা ঐবু করিগী নিন্দা তৌবীবা ? লাইগী নোংদম্বু কমানা ককপা ঙমগনী। ঐনা হায়জবা কয়া তাখিদ্রবদগী থাম্বা ঙমখিদ্রদুনা ! অসি থোকখ্রিবনি। কুন্তীনা অমুক হায় মাদ্রী চুম্মী মীওইবনা কর্ম্ম ফল ককপা ঙম্নদে হৌজিক্তি নংনা ইচা মঙা অসি য়োকহৌয়ো ঐনা নিংথৌগী তুংইন্নুনা। পরলক্তা চৎখ্রগে। মাদ্রীনা হায়জৈ হে — সত্তী, রাকম অদু ঐঙোন্দা তাকপীগন্নু ; নিংথৌ লৈত্রবদা হিংদুনা লৈব, মিংকুপ থর কাওবা ঙম্মরোই ! ইচেম্বু ঙাইবগী লৈরম্বনী ঐনা হায়জগদবদি, ঐনা পোকচবা অঙাং অনি অসিদদি, ইচেম্না য়োকপাহৌ। মমা লৈত্রবা মচা হাম্নবসি লাইবক খিংগৌরবনি, ইচা ২বু থাদোকপীগন্নু। হন্না হন্না ইচেমগী থুয়াদা থুরুমজরী। ঐনা মথোং কাবকপগী মহৈবু য়ানহন্নমদনা শিংবনী ; ঐগী প্রেমদা ইরাক্লদুনা লেঙখ্রবা নিংথৌনি। মরম অসিনা ঐ নিংথৌগী তুং ইল্লখ্রগে ? ইচেম্না ঐগী ইমা ইপা শক্রবীনী ; কনাদম্বু হায়জকম লৈজদে নখোঙদা বিদায় লোজরবনী। অসুম্না বিদায় তৌরম্নগা অসিবা দেহেবু চেংনা কোল্লগা শোরখিঙদুনা মাদ্রী থরাই থাখরে। কুন্তী রাবগী মথক্তা অরাবা হাপচিলম্নে ; কুন্তী নোংখোঙবঙম কপখরে মসিবু শতশৃঙ্গদা লৈবা ঋষি পুম্নমক মথং মথং পাও তারদুনা লোইনা লাক্লরে। ঋষি ময়াম তিম্নদুনা বিচার তৌনবদা মপুরোইবা লৈত্রবা কুন্তী অঙাংশিংদা বন্দা লৈবা কত্রে। মবম অসিনা মৃতু দেহেগা লোইননা হস্তিনাদা থিল্লরে', গুরুওইবা-শিংনা মচা পড়ুরানশিংদা থৌদাখরে। গুরুশিঙ্গি য়াথং মকুংইন্না, রাগী দোলাইদা মাদ্রী পাণ্ডুগী হকচাং হাপকত্তুনা॥ কুন্তী মচামঙাগা লোইননা ঋষি ব্রাহ্মণশিংনা, হস্তিনাদা থিঙ্গরকপনী। ভুমিং থরগী মঙ্গুংদা হস্তিনাদা থুঙঙরে ; দ্বারীশিংনা নিংথৌদা পাও তমখ্রে। পাও তাবদা ভীষ্ম, শ্রীবাহ্লক,

সোমদত্ত, বিদুর, ধৃতরাষ্ট্র মচিংবা, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণবশিং সত্যবতীনা মমৌ গন্ধারীগা লোইননা কোন্নুংগী মপী অহন নহা পুম্নমক খোরকুনা ; ঋষিশিংবু খুরুমজনা আসন থারগা ৱারম থিবিক হংজরকই। ব্রহ্মচার্য্য ওইদুনা পাণ্ডু কুন্তী মাদ্রী অহুম লাই নিংতুনা ঐখোইগা লোইননা শতশৃঙ্গদা লৈমিন্নৈ। লাইগী বরদগী মচা মঙা অসি ফংঙি ; কাল কৌবা লাইনা মতম ফঙথিদ্রনা, নিংথৌবু শাপকী মকুং ইনহনখ্রে। মাদ্রীকন্যা ধন্যনী মপুরোইবগী তুংহনখ্রে ; রাজা রাণীগী মৃতুদেহ পুদুনা মচা মঙাগা কুন্তীগা থিল্লকইবনি লোহোরো ! ঐখোই হল্লগে। ৱাসি হায়দুনা শিন্নরম্নগা ঋষিশিং হনখ্রে ; মীয়াম পুম্নমক ওন্থোইদুনা কপ্পরক্লে। ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুর মন্ত্রিদা য়াথং পিরক্লে। শবদেহসি গঙ্গাগী খোঙবান্দা যজ্ঞ তৌকরো ; নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না সনরুপ্পা দোলাইদা হাপ্তুনা, নিংথৌগী হৌনবা লাংদুনা কয়ামুক লৈতেংঙী। কাঙহায় চাম্মর নবশত্র থান্দুনা, মাংদা ঈশৈ শকপা যন্ত্র খোংবা ; ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব মপী নিপা পুম্নমক লোইননা ক্ষেত্রি শংনা চতুর্দ্দোলবু লেংবান্দা পুংনা। গঙ্গাগী খোঙবান্দা পুথরে। অগুরু চন্দনগী মচিনা চিটাগী শাং শেমদুনা পাণ্ডু মাদ্রীগী দেহবু ঘী চফু চামা হৈজিন্দুনা মৈদা যজ্ঞ তৌবা লোইখ্রে। পাণ্ডু রাজা মাদ্রীগী পিণ্ডদানদি যুধিষ্ঠিরবু কৎহল্লি, বেদগী বিধান কাইদনা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌই। যণবী দান, ভুমিদান অন্নদান, বস্ত্রদান, লুপাগীদান কয়া কৎলি। "পাণ্ডু মাদ্রী"বু নুংশিবদগী ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ, স্বুদ্র বাল বৃদ্ধ যুবা নারী মাগী মাগী মচা কাইনবগা মাপ্পনা ৱানথি। শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোহরবা তুংদা ; কুরু শাগৈগী অহন লমন শুনা রাজা সভা ফমদুনা ! পাণ্ডবকি ৱাফম খন-নরক্লে। ভীষ্মনা ৱাঙ্খেল্লি পাণ্ডব ইশু মঙা অসি মহৈ মশিং তম্বগী মতম ফাওবসি ঐনা ইশুশিংবু কোন-থিগে। পাণ্ডবকি লৈপাক লনগী শরুক্তি মতম চারবা কান্দা থাইদোকসি ; হৌজিক্রা রাজা ভাণ্ডারদগী মঙ্কান ওইনা কাইথোক্কুনা পিরগা য়োকখিসি। মতৌ অসুম্না পাণ্ডব মঙা মমাগা শরুকপু ভীষ্মনা কোন্দুনা য়োকখি" কৌরব পাণ্ডব চামা মঙাবু বিদ্যা আরম্ভ তৌদুনা ; কৃপাচর্য্যদা লাইবিক তমহল্লে। লাইরিক তম্বা হৌরকপদগী ভীমসেন দুর্য্যধন মুংশিনদে, য়েক্রবা হৌনরকখি। ভীম অসিনা খাইদগী হেন্না ঙাঙনত্ত হৌরকই ; দুর্য্যধন্না খাইদগী হেন্না ফত্তবা হৌই ; ভীমদি হেত্ত য়াম্না পাম্মী, শরোই থিবা বন্দস্থ য়াম্না তোইনা চৎকল্লি। অকি অথং লৈতে, ভীম উংদা ভুত্ত প্রেত তম্নলাই হিংচা য়াইতম লোইনা চেল্লি ; পাঙ্গন্দা লমজেন যা বদা মী পুম্নমক্কী হেল্লি। অসিগুম্বা মহাভারত অসি বেদ ব্যাসনা লেঙখ্রবা পুস্তগী মশক্নি। মসিবু শ্রীগুরুদেবগী চরনবু কোক্তা হাপচদুনা তোল্লবা শ্রী৺অঙাতোন সিংহনা ইমালোনদা ইজবা অসি সর্ব্বদম ঙাকপীগনি ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল। মতাং অসিচা শ্রী৺অঙাতোন সিংহ ৱারী লীবা পণ্ডিতনা ইবিরম্বা শরুক লোইজরে ইতি

---

## অধ্যায় ঃ—

# পণ্ডব কৌরব লাইরিক তম্বা বাল্যাক্রেয়াগী ৱারী মতাং ।

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺চিঙ্গাংবম অমু সিংহ কথা বাচক পণ্ডিতকি, হৌবিবদা ৱারী শৈৱেং শক্লুক হৌজরে ।

নৈমিষা বন্দা ৱারী লিরীবা উগ্রশর্ব্ব সৌতিনা, শৌনকচিংবা মুনিশিংগী মফমদা লোলূক্লা হায়রৈ; তাবিয়ু মুনি সভা। বৈশম্পায়ন্না হায় তারে৷ জন্মেজয় নিংথৌ নবুথৌ চামা মতাগী বিদ্যা তম্বগী মতাং লিরগে। জন্মেজয় নিংথৌনা থুংলান্নবা হায়রৈ, মহামুনি ঈবুধৌ "চামা মতাগী", অঙাং ওইবিরৈগা ৱারী করম করম তৌথিবা বিদ্যা তম্নবকপগী মতাংদা ওইখিবা? থবক কয়া চিথদনা লিবিয়ু। মুনিনা হায় তারো নিংথৌ চামা মতা লাইরিক তম্বকপদা; পুম্নমক্কগী যুধিষ্ঠিরনা খোই-দোকই। মথংদা সহদেব নৈ, অহুমশুবদা অর্জ্জুন নৈ অতৈদি খোইদোক্লা হেল্লদে, ভীম্না লাইরিক কয়া থৌশাদে, মীরোন য়াম্না শিংডি। মীনা ডাংনবদা মানা ওয়বা ডাংবমা ভীমনা য়াম্না হৈনরৈ, শান্নবা য়ৈনবা চেনবা চোংবা থৱাই য়াওই। শাস্ত্র শালাদা লাইরিক তম্বসি ওঝানা পারা মথং মথং তাক্লকপদা, দুর্যোধনগী মনাক্তা কম্নানা য়েংই। দুর্যোধন্না পাবা লৌবা হৌবকপদা ভীম লাইরিক ফাকতোক্লগা সোবেও (অ) হায়না থডলাও হেক লাওই। দুর্যোধন থঙ্গ্রেক থংনা পাৱা ফাবা ঙমদ্রে, র্যোধন্না য়াইমা নঙ্গা ঐগা তৌমিন্নসি নংনা হায়না তৌথো। ভীমনা দাদা শৌবিথো ঐ কোনগে হায়দুনা চথোকখি। ভীম ফাকখ্রে হায়দুনা অমুক হেক তম্বা হৌবগা, ভীম চণ্ডশিনথিদুনা (অ) হায়দুনা থডলাও হেক লাওই। দুর্যোধন জ্ঞান তাদ্রনা শাউনা তম্বা তোক্লুনা স্কুলদগী চংথি; দুর্যোধন্না শাউনা লাকপসি অহল অমনা উবদুনা হাই। মচাইবুদোংল স্কুলদগী শাওনা চেন্তা কুম্বকপবু হকাং পুথাইতবা নৈরববা? দুর্যোধন্না থুমই, ইপু হকাং পুডভাতবা নৈতে। লাইরিক তম্বদা পুক-চাওবা ভীমনা ইনাক্কা থডলাও থডলাও লাওবদা, জ্ঞান তাদ্রদুনা লাকচরবনি। ভীম অসিনা মথৱাই শোক্লা শাওনিংগদবা নৈরবদি? ইপুনা অমত্তা তাকপায়ু। ঐনা তম্বা মতমদা মানা য়েংপসি থৱাই চাক্লে; তোকাখিনবা অমুক্তা খিনা হায়গগে। দুর্যোধনগী মুংঙাহতবা উবদা অহল অদুনা তাকই এঃ মচাইবুঙতো; হয়েংদি ভীম্না অমুক তৌরক্রবদি "জারজ পুত্র জারজা স্থানেগাও" অমম্না চৈবীয়ু ভীম ইকাইদুনা মতুংদদি তোকখ্নি।

ৱাহৈ অসি তাক্ললমলগা অহন্নুমু চংথি, দুর্যোধনমু কোমুদা হজিনখি, অমুম্না নোংমক্কমা লেল্লে। লোঙাল্লদুনা স্কুল অমুক কানরে, তম্বা অমুক হৌনবকপদা দুর্যোধনগী পারা লৌবা মতমদা; ভীমসু পারা ফাক্তোকদুনা (অ) হায়না থডলাও লাওই। মতম অদুদা দুর্যোধন্না হাই "জারজ পুত্র জারজী

স্থানে জাও" অহুম্না চৈরকই ভীম্না চৈথিবা রাহৈ অহু; অর্থ লৈবা রানি হায়বা খঙঙহনা; স্কুলদগী নুংগাইতনা মতোমতা কুমথরে। লম্বীদা অহল অমা ওকনৈ; ভীমনা অহলগী মকমদা হংজে ইপু ঐবু অর্থ অমত্তা হংজগে ? অহলহুনা হায় করি অর্থনো মরেক হায়রু থম্লসি। ভীমমা হায় "জারজ পুত্র জারজা স্থানে জাও" অসিগী অর্থ খঙজরে ঐদি, ইবুঙ্গোয়াইমা মাহু কনানা হায়রকই, ইপু মাসি দুর্য্যধননা ঐগোন্দা হায়রকই। অহলনা খল্লি হে-দুর্য্যধন মহা ওইনা তৌবা চম্মেদা! মহাকথঙগী য়েংখিনবরনি, খন্দুনা হায়রকই। ইবুঙ্গোয়াইমা মাহুগী মপা তাকচগে হয়েং দুর্য্যধন্না, "মেষের পুত্র মেঃ মেঃ দাকো" হায়রু। অর্থদি লম্বীদা তাকহৈদে য়ুম য়ৌরগা ইমাদা হঙ্ঙুরো; হায়রমলগা অহলহু চংখি, ভীমন্থু মযুমদা য়ৌরকে। ভীমহু কাওথিনি থম্দুনা ঔরাইহুনা চঙক্লে, মচানা ঔরাইবহু তাবদা কুন্তীনা হায় ভীমসেন নংনা ঔরাইবিবা মরেক অহু কনানা তমীরকই। ইমা ঙসি স্কুলদা দুর্য্যধন দাদানা "জারজ পুত্র জারজা স্থানে জাও, হায়না চৈরকই। ঐ অর্থ খংরুহনা নুংঙাইতনা লাকপদা। অহল অমা ওয়হনা হংবদা? অহুগী পাওখুমদি। মেষের পুত্র মেঃ মেঃ দাকো হায়রু, অর্থদি লম্বীদা তাকহৈদে ইমাদা হঙ্ঙু হায়রম্মী। ইমা মাসিগী অর্থ তাকপীয়ু কুন্তীনা হায় ভীম মাহু ঙসিদগী অমুক কনা হায়গনু, ইমাগী সিত্র খিহুনা চৈরকপনি। মানা হায়বগুম নংমু হায়কগনু হায়রগা কুন্তীনা খামখি, হে দুর্য্যধন নংদি ককদবা পুকচেন তৌইদা অনিসিগী হাকচ্ছা য়েংখিনরবা তারে খনখি। তুমিৎ অহু হৌথরে নোংডাল্লগা স্কুল বমুক কারে, দুর্য্যধন উবদা ভীমনা মেষের পুত্র মে. মেঃ দাকো হায়না, লাওরকই। দুর্য্যাধন ভীমগী রাহৈ তাবদা খমোই নুঙঙাইতনা কোপ্লংদা চঙখরে, গন্ধারী মমাগী নাক্তা হঙঙী, ইমা "মেষের পুত্র মেঃ মেঃ দাকো" হায়বসি করি হায়রিবা অর্থনো তাকপীয় । গন্ধারীমা হায় দুর্য্যধন মহু কনানা হায়রকই, ভীমনা হায়রকই, নংনা করি হায়কই। ঐনা ঙরাং অহল অমনা তাকপীদ্না, জারাজ পুত্র জাও হায়রকই। মা ঙরাং তুমিন চংখি অদুগা ঙসি হায়রিবনি. গন্ধারীনা ত'য নংনা হান্না হৌরুদ্না হায়রকপনি। ঙসিদগী মাদু হায়নগনু মিনা জারগা নোক্লখিনি. অহলগী সিত্র পুংথোক্নুনা হায়নবা হৌনদে খঙঙ্। অসিদগী মানা কিবদগী অমুক ভীম দুর্য্যাধন হায়নখিরে, অপম্না লাইবিক তম্মরকপসি। স্বর বর্ণ, ব্যঞ্জন বর্ণ, বানান হৈনবদ্না অর্থ শাস্ত্র তানরক্নুনা মুগধ বোধ ব্যাকরণ তম্বা হৌনরক্লে। ভীমদি (অ)গী অর্থ হংত্রি হায়দ্ন মথা লোথদ্রে, কৃপ ওঝা-না হায় ভীমসেন নমান্নবদি বানান হৈনরদ্না তমনা অর্থ শাস্ত্র তাম্নরে নহাক মথ লোথরবা কৈদোরে। ভীমনা হায়রে গুরুদেব (অ) গী অর্থ তাকপীথো, অদুগা মথা লোথক্তগে (অ) অসি মথক্ত ফৈনা চিংলগা, মানা খোই শানা কোল্লগা মমৈ ইনথংখিদ্না মথকী অক্ষৈবা লই মচিন্দা থেঙঙ্‌রি। নাকন্দা অমুক মচিন তুম্না চিংখরগা অমুক ইনথংখিদ্না মথকা লই মচিন্দা শোক্লুরি। খোই শানা কোনবনা করিগীনো; মথক্তা ফৈনা চিঙঙবনা করিনো হায়বিয়ু, অদুগা নাকন্দা মচিন তুম্না চিঙখরগা ইনথংব্রিবনা ক'রগীনো? মসিগী অর্থ মচা তানা কোংদোক্না তাক পিয়ু। কৃপনা হায় ভাম (অ) অসি স্বর বর্ণনি, স্বর হায়বসি ঈশ্বরগী মশক্তি স্বরদি থিথুপ অহুমি,

ঈশ্বরগী মুর্ত্তি ফিরেপ অদু মখেক অহম থোক্না লেপকনি। জগৎ শেমলকপদা মখেক অহুমদগী, স্বর্গ মর্ত্ত, পাতাল, মরোল ও থোকখি, স্বরগী ক্ষিথুপ থওনা সাধন তৌরবদি থমোইদা শ্রীবিষ্ণুগী মশক উগনি। শ্রীহরিগী কৃপা লৈরবদি হকচাংদু ড়োগ লৈরগোই, পাজল কল্লগনি পুনশিগনি পাপ পকলরোই। থমোইদা জ্ঞান মচু ওান্নুনা লৈরগনি, হায়রিবা অর্থসি (অ) দগী থোকপা অর্থনি, স্বর য়াওদনা জিবমা লেপপা য়াদে থওও্। মরম অসিনা স্বর বর্ণশিংনা মথাদা তমলকদোরিবা! ব্যেঞ্জন বর্ণবু মপুং ফানা হায়দোকপা য়াবা; থোতোক লেংকনি। বৈশম্প্যায়ন্না হায় জন্মেজয় নিংথৌ নবুথৌ ভীমদি, খ্বাইগী লাইরিক মতমগা মান্নদে, ময়েক খুদিদি অর্থগা কোন্নমা তম্মী। স্বর বর্ণ, ব্যেঞ্জন বানান থওবা লোইবদা, ঐ হৈয়ে হায়দুনা অর্থ শাস্ত্রতম্ হাইবা য়াদরে! ভীমনা হায়ৈ গুরুদেব লাইরিক হায়বদি (অক্ষর) ময়েক অসিবুনি অক্ষয়দি ঈশ্বরগী মশক্তি, ঐদি থওজরে থওদবশিংবু থওনবা কবিতা ঋষিশিংনা ইরমলিখা শাস্ত্র পুরাণ ওাকনি। লাইরিক মমাম অসদি থবক তৌথিবা থওনবা। তৌরকদোরিবা থওনবা হইশিনবা; হিশাপ বোই খাতা ওবনি। থওদবশিংমা তমনি ঈশ্বর শ্রীহরিনা লাইরিক খৈবিক্তী মচিনী, লাইরিকশিংনা থবক ওইনা পুথোক্নুনা জগত পাক চাওবা মসিবু য়োমশিন্নুনা থমখুবা মপ্রাম ওাকনি থবক হৈনবা, পণ্ডিত ওইবা পামদুনা তম্বা লাইরিকনি। মপ্রামলোমদা হোংনরিঙৈদা মচি কংহাদনা! পুনশি লোইশ্রগদবা জিব ওাকনি, ঐদি থবক তৌবও পামদে পণ্ডিত শাবস্র পামদে মচি পাইজরগা লোইরে। মতৌ অস্নুমনা ভীম অসি লাইরিকতগনু ওখানা ওাংমখা ওমত্রদুনা, লাইরিক তখা তোকহনখরে। ভীম নোঙানবগা বল্মা হৈ খিবা চংলি, নোংমা বায়নাবটিগী চাওখোঙদা ঈশিং খিক্রবদা হাক্তবী পুখি অমা খেনক্কই। ভীমনা থক্লি মচিন মনাও চাম্মশি অমুক্তা লাক্লগে নিংদুনা স্কুল কারকপা মতমদা লমখাঙদা ওাইদুনা লৈরে। চামনা লাকপদা ভীমমা মাংদা থত্তুনা দুর্য্যধনবু খুকম্মী।

মনাওশিংনা ভীমবু খুকম্মী ভীমনা হায় দাদা ইবুঙো বুদ্ধি ফবা লাইরিক হৈবা পামজা? তোইনে য়াঈমা ঐখোই বুদ্ধি কংখিত্রেদা তম্বগী ফাবা নাইত্রে কমদোনা হৈরকদবনো থওদরে, ইনাওদি বুদ্ধি কৈদকো কৃপ ওঝান তম্বীবা লোইরংনা, তোকখরে ঐদি হক্তিন্দুনা লৈরে, ভীমনা হায়রকঈ দাদাখোয়মা নোংমক্তা হংখিদেদো, লাঈবিকপু তম্বা ওাকনা হৈবা ওমত্রা। কৃপা অমা তালম্মুবগা হৈখনিদা, ঐখোইনা কৃপা হান্না তাম্মোকতুনা তম্বগা হেপ্তা হৈবিবসিনি। দুর্য্যাধননা হায় য়াইমা লাইগী কৃপাবু কমদোরগা ফজদগে অমুক্তা তাকপীরুবা? ঐখোইস্ু নপান্দগী অমক্তা হৈজগে। দাদনা পাক্ষিরবদি হায়জরগে স্বরসতী কুণ্ডদা অমুক্তা লুপীয়; শোইদনা স্বরস্বতী ইমাগী কৃপা কজনি, ঐনা লুপচরবনা কৃপা ফংদুনা, তম্বগা হৈবগা মানরিবা অসিনি। য়াইমা কুণ্ড অদু কদায়দা লৈ, ইনাওদি কমদোনা থওভুই; দাদাবু ঐনা বল্মা পোরোই খিবা চংপদা, মুনি অমনা তাকপীদুনা লুপচবনি। মীনা থব্রাই য়াওমা তৌত্রবদি তাকথোকনু দোষ কজনি হায়বিবস্মী লুপপুবদি কৃপাদি শোইদনা ফংগে, ইশাদা শিঙ্ক পাল্লদুনা থংজরবনি। অদদি য়াঈমা অমুকতা লুপচগে নহাক্না শোয়দনা তাকপীরো, দাদবু

## অধ্যায় ---

# সত্যবতী অম্বী অম্বালিকা বন্দা লাই নিংহুনা নোঙ্গাথিবা—

### কৃপ, দ্রোণ পোকপা ৱারী মতাং।

সৌতীনা হায়রক্লে ভাবিয়ু শৌনকচিংবা মুনি সভা মহাভারত লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা জন্মেজয় নিংথৌগী মফমদা হায়রকই। তারো মহারাজ নোংমা তুমিৎ অমা, শ্রীদ্বৈপায়ন হস্তিনাদা থুগুভরে, সত্যবতী মমাগী মফমদা চঙভক্লনা, ব্যাস মমাবু খুৎমঙখি। সত্যবতী মচাবু কোল্লি আসন্দা ফমহল্লি, ছন্দেহ পীজে ব্যাস মুনিনা মমাগী মফমদা হায়রকই। ইমা মতম অসি ধর্ম্ম লৈরোই পাপকি মতম লাক্রগান, ইমাগী শাগৈসিদা পোক্রবিবা অঙাংশিং অসি লৌনম্বা য়েক্রব লৌনি বা নাপগ্গ‌তাবা লমচৎ কত্তবা ওইরগনি; মখোইশিংগি পাম্না মাংজু নুংশ চুমরোই। পৃথিবী মহৈ মরোং ৱাংলক্রগনি, মহৈ মচৈ য়েক্রবগনি, ধর্ম্ম লৈরক্রোই যজ্ঞ যাগ্য তোক্লরগনি। মীওইবনা ধর্ম্ম থাদোক্লুনা পাপকীথকতা ংক্রিং চঙভুনি, ধৃতরাষ্ট্রনা লৌনম তৌরক্লুনা এচ মচা য়েক্রকপদগী কোবব শাগৈ তুম্লবনি। শাগৈ তুম্লা মাঙববু মিৎনা উবদা মতিক চাদে; মর অসিনা শান্নবা লয়ী ভানবাগোরো; ৱা অসি হায়রমগা বেদ ব্যাস অন্তর্ধান ওৎপবে। সত্যবতী মমৌ আনমক কৌশিনথ্রে; ব্যাসনা তাক্লবা ৱা অহ হায়রকই। ইমৌশা নখোইগা নচা ধৃতরাষ্ট্রনা লৌনখদগী মচাশিংনা লমচৎ ফংলক্লহুনা শাগৈ তুম্লগনি হায়রি। মাসিগু ইনেংদি য়েংনি দবে, মরম অসিনা বন্দা লাই নিংথ্রগে; নখোইদা থঙহল্লিবনি নখোই অনিনা পাম্বা হায়বু ঐদ চংথ্রগে? নেমগী ৱা তারবগা অম্বী অম্বালিকা অনিমক ঐখোইসু তুংইল্লনি লেপখে। মমৌ অনিনা পুকচেন থঙভবদা মচা ভীষ্ম কৌশিন্দুনা ৱারম পুম্নমক হায়রগা বিদায় লৌরক্লে। কেমুং মপুঙ্গি মুপী অহল ওইবী পুমক; কৌশল্যানচিংবী সত্যবতীগী তুংইন্দুনা বন্দা চংখে। মুনিশিংগী লইনি কম আশ্রমদা লৈহুনা উচৈ চাবগা। লাই নিংবনা পাঙ্গল ওইহুনা দেহে থাদোক্লবম্নগ জিবাত্মানা স্বর্গ কথবে। মুনিশিংনা পাণ্ডু তাক্লহুনা "ভীষ্ম ধৃতরাষ্ট্র বিদুর"না শ্রাদ্ধ কর্ম্ম শাস্ত্রগী বিধান কাইদনা; লাংহুনা দান কর্ম্মা কংখি।

বৈশম্পায়ননা হায় হে জন্মেজয় নিংথে, হস্তিনাদ কৌরব পাণ্ডব হায়রগা খংনরিবা ১০০ গা ৫গা অসি লাইরিক তম্বা নিংথৌমচা ওইবগী মতিক চানা হৈনবক্লনা তোকনবগা ধনুর্বিদ্যা তমনরক্লে। কৃপাচার্যনা ধনুর্বিবদ্যা তম্বীবদা ফরিবা অসি খংনরক্লনা; ভারতকী নিংথৌ মচা কয়া লাক্লহুনা; কৃপ ব্রাহ্মণদা ওঝা ওইদুনা বিদ্যা তমনখি। কৃপ ব্রাহ্মণ অসি ধনুর্বিবদ্যা হৈ তম্বীব কৈ হায়রহুনা পৃথীবিদা আচার্যা গুরু হায়বা উপাধী লাপখিদুনা কৃপাচার্য হায়না ফাওখি। জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই মুনি কৃপব্রাহ্মণ অসি কনানা পোকপনো? ধনুর্বিবদা কৈরিবনা কনানা তাকপী বনো। বৈশম্পায়ননা হায় মহারাজা গোতম ঋষিগী মচা শরদ্বান কৌবা ঋষি অসি মমাগী গর্ভদগী

পোকলকপদা লিরুং তেনগা লোয়ননা পোকলই হায়রুনা শরদ্বান কৌই। বেদ শাস্ত্র হৈ ধনুর্বেদ বশিন্তদা তমহুন' য়াম্না চেকশিন্না হৈ মমা মপা অহল্যা গৌতমগী বিদায় লোয়পা ব্রহ্মচারী ওইহুনা থন্দা কয়া লাই নিংহুনা লৈ। ধনুর্বিদ্যাগা লৈয়ে তপতৌবগা কয়ে মুনিগী তপকী মনা ইন্দ্রনা মকম মুনগে হায়রকয়া কিবদগী জানপদী কৌবা মচানুপিবু মুনিগী তপ থুংগাইকনবা ইন্দ্রনা থাথরে। কন্যানা পুক্নিং হুরবী খোনফমনা মুনিদা হায়রকই। কয়া করিগী তপ তৌরিবনো হায়রুনা! যোমোন নোকহুনা লেপপয়ে। দেবকন্যাগী মাহৈ অহু তাবদা মুনি মিংপাংথোকলুবদদি মাংদা লেপলম লিবা কন্যাগী মশক মতৌ উবদা জ্ঞান মাংহুনা লিরুং তেন্দা, চিকথহুনা তাখি। মশাম্ব জ্ঞান মাংহুনা হুখি, মুনিগী মতৌ উবদা কন্যা কিহুনা চেনখি। মুনি লিরু তেন্দাং লোথংলগা মচম অসি লমথৈদম লাকলে। মকম অমা হোংলগে থন্দুনা মুনি চংখি মুনিনা চংপদা বীর্য্য চিকথহুনা তাখি "শর পত্র" থৌবোয় মনাদা তাবদগী অনি থোক্না থাইদোকখিহুনা। তোডান ২ লৈবাক্তা তাহৌরে। মুনিম্ব অহুম চংথরে। বির্থহুদি মাঙবা রাদবনা কন্যা অমা নিপা অমা থুনক অহুমক্তা পোকলে। হুমিং অহুমক শান্তনু নিংথৌ শজিতানবা বন অহুদা চঙলকই। মাংথাবা মনাইশিনা অঙাং অহু উরহুনা মিংথৌদা হঙংলি। শান্তনু চঙহনা য়েংই। অঙাং হুপী, মুপা, অনিহুনা কনা লৈতবা মকম অহুদা কপ্পুনা লৈরম্নহু উবদা হু শিহুনা য়াথদ তৌই। আশ্রম উমাগী থাংপোক শক্তি মউনগী আসন লৈরবদ, উই; ঋষিগী মচানি য়োকপিনবা লৈরম্মরোই থন্দুনা কোয়ংদা পুয়কতুনা লুনা য়োকথে মাসিংবু মুনিনা ধ্যান তৌহুনা য়েংবদা উরতুনা হস্তিনাদা ৬ নি শুবা মুথিত্তা লাকুনা শরদ্বান মুনিনা শান্তনুদা হায়রই। ধর্ম্ম লৈরবা হে নিংথৌ ননা কৃপা তৌবীহুনা য়োকই হায়রবগী মমিং কৃপী কৃপ, থোয়গে। অশুন্না মমিং থোন্ন, কোষ্ঠী হংবে মষ্ঠী শোয়ে। শান্তনুনা মুনিবু সেবা তৌংনা থমখি। ইন্দ্রনা ঙু ডাইরহুনা আকাশদগী লাওন কখি। শান্তনু নিংথৌ তারো মহামুনিগী মচানিপা অহু অমর ওইবসহু, মচা মপী অহুগী গা-সহু অহুর অমর ওইবা মচা ধারা অমা ফংলগনি থ্রোন্দা থাজো অসুন্না লাওয়কই। আকাশবাণী তাবজা মুনি নিংথৌ হবাওখি। শরদ্বান ঋসিনা মচাবু বেদ শাস্ত্র তম্বী। কৃপদা ধনুর্বিদ্যা তম্বীয়। পোকপদগী লোয়নরকলবা 'থমাং অতা লৈত্রবা লিরু তেন্দু পীরে। কৃপী মচেম্ব দ্রোনাচার্য্যদা লুহোংখি কৃপ মচাবু শান্তনুদা শিন্নরমনগা শরদ্বান মুনি বদা নাইনিব চংথ্রে। শান্তনুনা পুবহিত হাপ্পুনা হস্তিনাদা লৈরবা কৃপনি অসিগুম্বা কৃপী কৃপ পোকপগী থারী লিংবসিনী। জন্মেজয় নিংথৌনা অমুক হংজবকই, মহামনি দ্রোন হায়বা ব্রাহ্মণ অসি কনাগী মচানে? মথম কদাদদা পৈবগে লিবখো। মুনিনা হায় তারো নিংপা ব্রহ্মাগী মচা ভরদ্বাজ কৌবা ব্রাহ্মণ অসি মরোল অহুমদা ফাওই। নোংমা ভার্গ ঋষি স্নানতৌগে হায়রেনা মুনি গঙ্গাগী থোংবান্দা থুঙংরে, মতম অদুদা ঘৃতাচী অপ্সরা মুনিগী মাংদা, পাইহুনা নেমলপনা চংলি। মুনিগী মপা য়োয়কপা হুশিংন মফি হুম দাকতুন ইকাইবা পী, মতম অদুদা মুনি নিংথিজবী জগোংশাবীগী মশক উকনা কামগী তেন্না থম্মোয়দা পানখিবনা, বীর্য্য হীকথহুনা

তারে। মুনিনা উনাদা দোনা অমা শারগা বির্বাহ্ হাপচিন্দুনা থম্মী খুদক অহুদা মচানিপা অমা পোক্লে। দ্রোনীদ পোকই হায়তুনা মরিং দ্রোন হাইরবা খোক্লে। মতম অদুদা পঞ্চাল লৈবাকী প্রবন্ত নিংথৌগী পুরোহিত ওইদুনা ভরদ্বাজসি লৈরমী। মচাক্লোনবু বেদ শাস্ত্র তম্বী প্রবত্তকী মচা দ্রুপদ কৌবা অমা লৈ, নিংথৌনা মচাবু লাইবিক তৈহন্দুনা ভরদ্বাজদা তমহল্লী। দ্রোন দ্রুপদ ২মি মরুপ শান্নদুনা পুন্না চাম্বৈনা লাইরিক তম্মিন্নবদা, চাগে চুমলে, চংলে, শান্নরে পুক্কবা থাংনদে তম্বগী মুমদা লৈদুনা তমই মতম কম্নামুক লৈরগা প্রবত্ত নিংথৌ শিরে। প্রবত্ত লৈত্রবদা ভরদ্বাজনা মচা দ্রোনবু কুপী পুংগোংবীরমলগা স্বর্গদা অমুক লৈখে। দ্রোনসু আশ্রমদা কুপীগা লাইমিংদনা লৈখরে। পঞ্চাল লৈপাকী নিংথৌ দ্রুপদনা ওইরে। থাক উপজাত ব্রাহ্মণ মচিন মনাওবু পুরোহিত হাপখি। মহাভারত আদি পর্ব্বগী যায়া অসি অমৃতগী মথক্কি শ্রীবেদ ব্যাসপু খুরুমজরগা পাংবরবা শ্রী৶আমুসি ইনা মিতৈ ইমাংলান্দা ইজবগী দব থৈবিক বৈষ্ণব সমাজনা চাকপী গনী নিংতৈ ইধি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

## অধ্যায়ঃ—
## ভীমবু লাইনা পুবদগী কৈলাশ য়োৎরকতুনা অন্নপুর্ণা ভাগবতীগীদা

### চাক চাবগী বাবী মতাং।

শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তাও মহারাজা জন্মজয়, নোংমদি কলি যুগ কৌবা লাইনা রাথল তৌই, লংশিংকী মচা ভীম অসি অতাং ওইরিবৈদা মা হল্লগে। মাণ্ডহমংত্রিবদী থৈগী শক্তিনা পোকইবা দুর্য্যোধন অসি মাগী মথুক্ত শিবা তাবে অসুয়া থন্দুনা কলি হস্তিনাদা থুডরে। অমুক অতনবদা ভীমসু দুর্য্যোধন মচিন মনাওগা শান্নরুগে খোক্লকই লমথাওদা কলিনা মচিন মনাও ১০০ শাহুনা ওাইদুনা লৈবমই ভী-দী লাইগী মাযা থডদবনিনা চনশিন্নতুনা দুর্য্যোধন্দা থুরমমী। মনাওশিংনা ভীমবু থুরমই। ভীমনা হায়রকই দাদাবু ইনাওশিংগা ভস্তানা লৈবীরবা মুত্তাইজরে, তসিদি কদায়দা শান্নরুশিগে। কলিনা শারিবা চামনা হায়রকই, তসিদি ইচিয়াও রখোই থন্দা চংলুসি, তবাং মুর্ম্মিদাংরাই রখোয়না বন কোইকবদা, পোবোই য়াম্না পানবা মফম অমা থেংনবক্লে। দুর্য্যোধন্না হায় ইবুংঙো য়াইমা, তরা তু ইয়াম্বনা ননাওশিংদা হয়েং নয়াম্বা য়াইমাগা চামিন্নসি হেক-তোকনসু হায়দুনা থনমন্লে। ইনাওনা পোবোই পাম্বদুনা চামিন্নানতুনা ভস্তানা হোকসি হায়দুনা মনাওশি পুডুনা লাক্লবনি। তস্মা য়োৎরসি ইয়াম্বা লম্বী চিঙতগে হায়দুনা কলিনা ভীমবু পুদুনা চংথরে। কলিনা মায়া তেং... পুথিবংস মীবৈবাকী লম লাংস্নোকথিদুনা লাইরৈবাকী লমদা য়োৎরকথি কেশাশকী সিম নানী শেংলবা বন অমগী মথুংদা পুশিলগা হায়রকই। ইবুংঙোয়াইমা তজাওসিগী

ভীম চাক লাম্মনথরম্বহুনা য়ুম অসিদা ডসিগী চরা অমতং নিরগা চাক্করগে থন্দুনা চঙ্ওকলে। শুমাংদ লেপলগা হো ইমুং অসিবু য়ুম্বু লৈত্রা হায়হুনা লাওরকই, অন্নপূর্ণা চাক তোকতুনা ইমুংদা পোত্থাহনা লৈরম্মী; খোম্লাওহু তাবদা মপান্দ থোকলকই। অন্নপূর্ণা উবদা ভীমনা হায় ইবেম্ম মুপা নহা লৈতত্রা? ঐবু চাক লাম্বনা য়ুম য়ৌবা ডমলোইদৌর। চাক চরা অমত্তা নিঙ্গগে ইবুক থন্না পিজো অতিথি সেবাগী পুণ্য ফংবিয়ু কৃষ্ণ পৃতি ওইগনি। অন্নপূর্ণনা ভীমগী শককমহু মীওইবগী শকফম্রী; করম্বা মায়ানো য়েংলগে থন্দুনা হুম্নরক। মহাশয় ঐদি মুপা মহাম্নু লৈজরে ষণ লাম্চা অমম্নু লোইজর ডসিগী শক্তিক পীজন্নি, এদি ষণ অসি শেম্নুগদৌরিবনী, কমদৌম্নি হায়য়কই। এ চবেম্ম অহুদি ষণহু ঐ শেনবিরুরগে চাক থোংলম্মো; নশক নতৌম্নু ফনা ফষ্ট্রে ঙসিদি নথুং হেক্তা লৌরগে; ঐগ্য লংঙ্কেনি দোষ লত্তেদা হায়বমলগা শঙ্গোন্দা চম্থবে। ভীম চঙ্ওকপা উবদা বৃষভ অহু শাওহনা মীমানা ভক্তিম্নু লেতে; ঐবুম্নু উশিত্তে হাংচে অসি থন্দুনা ভী ভী কামহুনা চোংশিল্লকই। ষণগী মতৌ উবদা ভীমনা হায় লামচা মৈতংপা লুখ্রাবীনা লোয়বদগী নঙ্খবিহুনা লমহেঙ্গবা শারিত্রা, নাতান কাইগেব হায়হুনা থুংজুম্না যন্দমবগী নাতান্দা তিংথহুনা থারে। ভীমনা থারকপদা শিব শক্তি ওহবনা যন্দমবগী নাতোন্দা শিবগী মনম ফাংই; মবুডেগাগী মনম ফংবদা; বৃষভহু হুইমকম তেথনে। ভীম্না হায লামচা নং জাওন্ত্রদনা ঐনা থাদোক পীন ঙসি থূনা নবুক থম্নবা চানিংব মকমদ নমিহ তৌনা চাজো হায়রগ বৃষভবু শঙ্গোন্দগী থাদোকথরে। বৃষবংম্নু অডাওবা যণনিনা লফোই চাকবগে থনহুনা বশিস্তী হৈকোন তান্না চেংখে ভীমনা তুংদা তাম্নরকহু মপা অহুদা অষ্টি মুনি তপ তৌনা লৈ; উহোত্রহুনা মুনিগী লুপমদ ভীম্না থূদি চেম্নুরে। মুনি ইকলাওরমবদগী তিংদম তাথবে। ভীমনা হন্থনা য়েংলুবদা মুনিহু মম্নাদা কোঙ্গোল কাহুনা লৈরমলে; মুংশা থিম্নদনা লরাইদা কম্ন কামই। মুনি হম্বরকতুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ফমলগা ভীমবু কনানো ধ্যান তৌহুনা য়েংবদা; মবম লোতনা উথরে।

ভীমম্নু মীগীশলমদা লাইনিংলম্মিবা শিরমগনিদা ম্নাম রাবৌবিগম্নু হায়হুনা দণ্ডবদনা থুকমজে। ভীমগী থমোই শেংবা মতৌহুদা মুনিম্নু শাওত্রে তাকপিম্নকই, হে ভীম নংমা থাদোকউরিবা ষণহু মহা-দেবগী বৃষভ হায়বহুনি নংনা চৎূরিবা গ্নপস্ত জগৎমাতা অন্নপূর্ণানী থওড়। নংদি ইপাগী বরদগী নংনা থেডুবদ চিঙ উ মুণ্ড ম্নোং জেকপা কাইবা ওইসম্নু নঙ্গি নশাদি শোক্তবা ওইজো নংনা ঐবু থূদিচেলবী দগী বর পীরবনি; মঙ্গোল ওইজরা। ভাম মুনিগী পদযুগি লোঙ্গরগা কোক্তা হাপতুনা থুকমজরগা ষণগী মাইগৈ য়েংহুনা অমুক তাম্নথরে। ষণহু মুনিগী লফূ হৈকোন্দা চংহুনা লফোই লউ লউ য়ান্দুনা মঙ্গিবহু থুদেক থুদেকতুনা মবুক থম্না চারে। ভীমনা শম্নি যাসি কৈম্পেনযন ওইরে লফোই চাবাহৈথা হায় লামচা অমুক চংসি হাংহুনা হোইঙ্গিল্লক্লগা শঙ্গোগ্না পুনসিম্নুরে। চঙওক্লুনা ইবেম্মা চাক থোঙবরা হায়রৈ? ভগবতীনা মতৌ য়েঙ্গে থন্দুনা মহাশয় চাকথোংনবা শিংবু লৈত্রি; শিংথিক্নথিবা তাদি হায়রকলে। ভীমনা এ অংদি ঐ থিকরগে ঈশিং শোকলমম্নু হায়রম্নগা অমুক চেনথরে "হাঃহাঃ

হুংহু. গন্ধর্ব্বগী জগোয় মাগুব থেংনরুহুনা শিদোকহুনা পোৎলাকশিল্লগা থোকহুনা অমুক চেল্লকলে। অন্নপূর্ণগী শুমাংদা শাবগা হায়রকই, ইবেম্মা শিং চনবিনবা মুপা লৈজদমাল্লে ঐনা কুম ১ থাব ওরুবা পোৎকলবনী কোম্না লোইশিনহৌ থুনা থোডঙুরো ঐ থুম খর লাপ্পী ভম্না হন্নিঙডী।

ভীমগী মতৌ উবদা ঙকখ্রহুনা মহাশয় নহাকপু কনামো ? মুনিগী হৈকোন্দা যন হোইজিন্দুনা পিজরান্নবা ; অমসুং গন্ধর্ব্বগী মাগুব সিদোকউরিবা ; রাথোক্লরগনি কমদৌনি ঐদি কিজরে। ভীম্না হায়রকই কবেম্মা ৎংশা থিরুগ্ন, মুনি রাজ্জুশিং অসিদি ঐনা তৌরিমখৈ রাবনি : লুশমদা কারবা ফাওবা হরাউহ্নবা বর পিরিবনি। গন্ধর্ব্বশু লাকসনু ঐ ভাংনগে হৌজিকপু মাগুব চাওনা থল্লগা মপু শংদনা হুন্দোহুনা থম্মিবা। করিগুম্বা হরানপোৎ কত্তবা লংশিল্লম্নবদি, কৈলাশসি বদনাম ওই রোইদ্রা ? অহুনা ঐথা শিদোকপনি। ১সুং জগোইবু গোপী কৃষ্ণ শান্নবদি উমংদনি মাখোইনা মাগুব থল্দুনা কজনা আশ্চর্য্যদা লাংহুনা রাসগী গুণ মাংনবা হোৎনবিবসিবু কৃষ্ণনা শাওহুনা মাগুব শিদোকড হায়হুম্না লাকপনি। হন্দক্তি গন্ধর্ব্ব কাহুনা দগ্তি পীগে চাক্তা লোইকবো, চাক চারগা ঐনা তৌবা য়েংখিযু। ভীমগী রা তাবদা দেবী প্রহুনা ঐবু মায়া তৌহুনা লংখারিবরা কনানো থংনিংহুনা ধ্যান তৌরগা য়েংওক্লে। ভগবতী ধ্যান্দা লোইনা খংঙহনা মোমোন নোক্লগা হায়, বৃকোদর নং ঐবু খঙব্রা ? ভীম্না খড়িড ইমা, নং ঐবু কবিগী খুকমদে। ইমা নযুমদা লাক্লগা হরাও হরাও কৌদব অহুদা চাওথোকমল্লি হায়হুনা ; কৌয়কত্রিমখৈ খুকমহৈরোই হায়হুনা ভাইবনি। ইমা ননাই ভীম খুক্লজবি হায়রগা দেবীগী চরন্দা দণ্ডবত তাখরে ; ভীমনা হায়খ্রে ইমা ইমুংমতুং থংনহনা খাইদু খাইবুং তৌবসি কয়া কুইবে। কৈদৌরে ভীম ? ইম প্রভূনদি "পার্ব্বতী ভৈরবীথোই চণ্ডীথোই উম কত্যায়নী দুর্গা গঙ্গা" পংলোন্দা লোনবনিনা ইম অন্নপূর্ন নিনা চাক থোংবদা কৈবনিদো। গঙ্গ শেখদি হৈবিরোইদো অহুদা প্রভুনা মন মৈত প নামচা অসিমা খাইবিবগা ? তোডান পীজহুনা য়াম ননা লৈরমাল্লে। চাকসিবু কৈলাস কোম দুর্গা ইমাগী য়োমদা চাহৌকবনা ফগত্রনে ইমা ? অ পুর্ণা নোক্তি ভহুনা ভীমসেন ইনাও নংবু চরা অমদি খন্না পিজবা ভমগনিদা, ইমা থোংডহু রগে ভগাও ফমখো। অন্নপূর্ণা লেংশিনাখহুনা চেং মন অমারোম থোক্তিং ; ইনশাং মথেন য়াইথেমুক লাংডৌ খোংবগা লোইবগা মাম্নে, লুগ নম্ব পোঃহুনা হন্নিদা কবে ভম কংবা য়াবনি তাকপা ভী চঙহুক্লুনা আসন্দা ফম্নগা। চাক্ত য়েঙওগা হায় চাকসি শোকচদ্রি ইমানা ন্নুমিদাং হানবা। থম বিরোনচাদি চাজররোই। কৈদোরে য়াইম, ইমা নচাদি শাইবক শিহুনা ইমা লুখ্রানা নংমা য়োক্তু চাওরকপনিমা পুক্রিং য়াম্না নৌই। ইমানদী প্রভুবসু থাইনবী লৈদি লেজদা নচানিনা পিদি পিজি তরক তরক থরদং লাংলিবসি উরগা কপনিংলকই। মপান্দা থোকখ্রগা কপচক্লখিগে। ভগবং এ রাইবা ইমানা লাংইবত য়ামদে হায়রবদি. কয়া য়াম চাগগে হাবযু ইমা মীকুপ্তা শোক্লে। ই চেংশিংদি ঐ হায়জররোই ঐনা থা তকক শুরকপদা ইমানা চউমবিবদুদা চেঙ মন অমগী চা চঙম্মা হায়এ। পুক থল্লহুনা ন্নুমিদাংরাই পংকপ্তা কপ্লহুনা চেং মন অমা অমুক থোংলগা।

য়ানহল্লি হায়এ। হৌজিক লাইরৈপাক য়োবা ওমজরক্লবা অসিনি ইমানা য়াখল অহুম তৌখিরো। এ — য়াইমা ইমা থোংলগে নংনা চাবা হোৌবা ঐনা লোইবগা হায়গা হানবা তাম্নসি, ইনশাংদি মুছোয়া ওইনা মথেঙ্গ অমত্তমক তৌরসি। হমা তাম্নবগী জাং অসিম' ঐনদা হেল্লক্লহুনা কৈলাস য়োরকইবম্নি, মরে তাম্নরসি হায়রহুনা অন্নপূর্ণা থোংলে, ভীমস্থু চাবা হৌখ্রে। থোংবগা লোইবগা হায়গা চাবগা তাম্নরকপসি, দেবীনস্থু হেন্দে ভীম্নস্থু হান্দে চপমান্নৈ, চহি অমগী চানবা থম্বা চেং অহু লোইখ্রে। ভীমদি ওকত্রহুন। মখুৎ লেক্তুনা লৈরে, ভগবতীস্থু হুমাংনা লুপ্লে, য়াইমা পল্লিব্রাহার ভীমা ইমা পক থাংদৈ য়োত্রি। লাইবেম্বা ডকখ্রহুনা য়াইমা ওহাক্তা ওাহরম্মু শিদা থম্বা চেঙ-লোইয়ে; পুংগদগী লোকখিগে হায়রমলগা কৈলাসপুর মহাদেবগী চরন্দা চেল্লক্লগা পাও পুন্নমক তম্লে। সদাদিবনা হায়, পৃয়ে ভীম অহুদি ঐগী শক্তিনা পৃথীবীগী অকুম্বু কোক্লবা; কৃষ্ণগী লিলাগীদমক শেমখ্রবনি। সিব ঐগী শক্তি লৈখনিনা মাদি চাবগী অথনবা লৈনয়োই, ঐ পিগে হাবরগা শম্ভু যুগ মরিগী ফৌদি লোখভুনা কৌ মক্ত মরি পিবে। অন্নপূর্ণা মাসি খুৎনা থোক্লগা তকখাইবদা। তল অমা ওক্লবা য়াম থোকনি। মাহুনা তল হোৌয়ো তলহু লোথোকপগা অমা অহুম লৈপনি; ওয়াংপা লতনা চোংথোক-লকনি অহুম তৌরবদা য়াদনা, ভীম্বু মবুক থম্না পিজবা গুমগনি, অন্নপূর্ণা কৌ মক্ত মার অহু পুহুনা লাক্লে।

ভীম তল হৈনদা ইমা তল ওইনা হৌরগেদা? ইম তলহুনি ঐনা য়াম্না হৈনজরিবা। ভগবতী কৌ মরিহু মকু থোক্লে, তকখাইবদা তল অমা ওক্লবা য়াম থোক্লে, চুংই অনৌবগা নৈরগা তৈ থাজংলগা থোইদিং অতৌবগী থাও শাহন্দুন, তল হৈহুনা কম্নুনা তৌরে। মুনবগা ঝয়প্পা গৌখৎতুনা হাপ লই লোথাকপগা অমা অহুম লৈরে, ভীমস্থু হায়গা যাংপগা তানরকপসি মুমিং যুংবা মভুং মুথক ফাওবা চারকপদা ভীম গর্ভ থল্লে, নোনথবা য়ারকত্রে। হম থল্লে সিদগী হেজনবা য়ায়ায়োই হাপ্পিরগহু তলস্থু থোকখিদরে। অন্নপূর্ণা দুর্গাস্থু রাবনা তপতারে। ভীমস্থু চামনখ্রহুনা য়ারে লোইশিনজহুর খুৎশা চিন শেংদোকপা লোইহুনা ফমজরে; দুর্গা মমানা হৈপান পিবীহুনা চাজরে। ফম থাবীহুনা ভীমবু পোথাহমবদগী তুমখিবনা। মিকপ থোক্তহুমা অহিং অমা চুপ্পা তুমখ্রে। হস্তিনারামদা ভীমবু খিবা থডব্রহুনা য়ানখি, নোংডাল্লবদা ভীম মিকপ থোক্লে, হৌগৎলে হমা ফি অমগা খুজাই অমগা পিয়ু; ইকুজরকগে দুর্গানা পিরে। ভীম জঙ্গল চংনিংডক্তুনা থর চৎখগা কৈলাসগী নাপোম অমগী চিংয়াওদা ফমহুনা য়ুবাং চানিবা মান মথামহ শাথকপদা গৈমাইহুমা, পাক্তক ওইনা চেম্বরক্তুনা; বালখিল কোবা মুনি লিশিং হুম্ফ, লাইনিংহুনা লৈবম্বা মপাং থাক্ত্রহুনা। ভীমগী মাম্না চেম্থিবনা চিঙথোংদা ইরাক্লরে। মহৈ মহৈ কাপৎনরক্তুন। শেংনা ইকুজথোক্লগা। ধ্যারা য়েংবদা লোইনা মরম খডখরে। মাসি মাংহনবা য়াদে, কৃষ্ণগী মনাইনি, ববহুম পিবসি থক্তহুনা চিঙথকলোমদা; ওনথৎলগা থরপিরক্লে। হায় হায় ভীম লাইরৈপাক্তা লাক্লগা মাংস্থাববিবা নংগী মান্দা ঐথোইস্থু ইয়ারকয়ে, মাহু হৌনবরা, ঐথোই শাওররোই। বব পিবিরগে, নং লোইত্রিববা, মুনিশিংগী থোলাপ তাবদা কিখহুনা মশা শেংদোকপা লোইরগা শেংনা ইকুজরগা মঙক্তা মফি য়েক্ত না' মুনিম মমামগী মকমদা

হন্না হন্না থুরুমজন্নকই। ভীম মংগী মান অলিগী মনমক্তা ভাবচনোবগী মনম নরলসহু ; মরামসিন্না জমেন ওইগ্রসহু, মর পিরম্নগা মুনিশিং মফম অমদা হোংখি। ভীমসেন হস্তিনথিহুনা লেবীদা থুরুম-জরে, ইমা ঐ য়ুম য়ৌজখুগে, ইমাগী ইনাও ইমানচিংবা অহলমম রামমঙ্গলগনি ; মমাইগী অপরাধ পুন্নমক ভাকপিয়ু। দুর্গানা নুংশিবিহুনা মতুংদা লাইনা পুবা ভমদনবা মারা কাইনবা মন্ত্র অমদা তম্বীরে। ভীমু নানবিহুনা লেপ্পা মঙ্গল ওইজৌ হায়না বিদায় পিবীরে, ভীম ভগবতীগী চরনমু কোন্না শোকচরগা, যাত্রা ভৌরক্লে মন্ত্রনা লম ছিংশিন্দুনা চেন্নকপসি মুমিং মুংরা কান্দা হস্তিমাদা থুংভরে। মমা মরাম্বা থুরুমলে মনাওশিংবুসু কোমবিরে, পাও পুন্নমক তমখি। ভীম হস্তিরুবদা ; হস্তিনাগী মীয়াম মুত্তাইনখি। মহাভারত আদি পর্বগী ৱারীবু অমৃতগী মশক্তি, মাসিবু পাংত্রবা শ্রী৺অমু সিংহনা শ্রীগুরুবু থুরুমজহুনা ইমা লোন্দা ইজবনী ইতি। হাবিবোল হরিবোল হরিবোল॥

অধ্যায় অসিদা শ্রী৺চিঙ্গাংবম অমু সিংহ ওঝাগী ইবীরম্বা শকক লোইবে। ইতি

---

# অধ্যায় ঃ—

## দুর্য্যধনবু নুংশিংনা পুহুনা সমুদ্রদা থাদবা, জলস্তম্ভ মন্ত্র ফংখিবা নুংশিং শাপ তৌনখিবা অমসুং মাটুন ভুজন—

### ৱারী মতাং॥

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺খুন্দোংবম লবঙ্গ সিংহ ৱারী লিবা পণ্ডিতকি, ইবীরম্বা ৱারী শৈরেং হোঙরে।

সৌত্তিনা হায়রকই তাবিয়ু শৌনকনচিংবা মুনি পুন্নমক, মহাভারত ৱারী লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়খি, তাও পবিক্ষিতকি মচা হে—জন্মেজয় নিংথৌ। নোংমদি নুংশিং কৌবা লাইনা মচা ভীমবু কলিনা পুথোক্লুনা অরাপ্পা জঙ্গলদা থাদোক্লম্মু উবদা, শাওরহনা লমন শিংনিংলে, কলিনা পোক্লবিবা দুর্য্যধনবু অযুক মনাওশিংগা লোয়নমনা কৃপা ওঝাগীদা বিদ্যা তম্বা লাকপদা কাংজেবুং মপা য়োরকপদা নুংশিং ভাইহুনা লৈরমই। নুংশিং থঙহোদনা নোংলৈ অকনবা অমদা উরুক লৈহুনা উফুল উমাশিং ময়াম্না পুমমমহল্লম্নগা দুর্য্যধনবু লৈহনা পুথংখে। মনাও পুন্নমক ময়াম্বনা নোংথক-লোমদা পাইথংখিবা উহৌই, হা—দাদ ইবুংগো হল্লকও হল্লকও হায়হুনা কপ্পরক্লে। মথোই ৯৯ না হৌহুনা কপ্পরকপা তাবদা, লোমুংগী মিয়াম করিনো কবিনো হাইহুনা চেম্মোক্লরক্লে। মীয়াম্না কৈদৌ-ররগে হংবদা দাদা দুর্য্যধন পাইখ্রে হায়! কমদৌনা পাইখি মফম সিদগী থংহোদনা নোংলৈ অকনবা অমা থোরক্লুনা; নোংথক্লোমদা পুথংখি। দাদা দুর্য্যধন্না ইনাওশা ঐ পাইরে পাইরে হায়রম্মী, অহুগা অহুম পাইথংখে ; রাসি তাবদা নিংথৌ মহারাণীদা পাও হঙংখি।

পাণ্ডু অসি তাবদা নিংথৌগী য়াথংনা পাত্র মন্ত্রি, অহল লমন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব মাইবা মাইবী, অহৈ অশিং লোইনা খোমগংদুনা কাউজেবুডদা পৈনরে। অথউ অহৈ পুন্নমক য়েংবা য়াবা মণ্ডং কন্না য়েংনৈ, শেল মত্তা য়েংবা, চেণ্ড হৈদুনা য়েংবা, খুৎলোদা য়েংনবা, খোরি খোত্তুনা খেল য়েংবা, তন্ত্র বিদ্যানা জাল য়েংবা, মহৈ মহৈ হায়নরকই। কনানা হিংচাবনা ময়া তৌদুনা ফাখ্রবনি, কনানা মচাইবুতোসি মশক মতৌ ফজৰদুদা সর্গগী লাইরেম্বীশিংনা কাখ্রবনি। কনানা ডাকিণী যোগীণী পীবাচীশিংনা পুখিবনী, কনানা হেলোই লমলৈমনা পুখ্রবনী খাদি খাদোক্লনী। মাসিগুম্বসি ভাওগল্লি হায়, কনানা নোংলৈ হুংশিংনা পুখিবনি মকম অমদা থাদরমগনি হায়। মাইবীশিংনা নোঙ্গাখিদুনা লাই ওইখরবনি খুবম য়াবো লাই হবাওরগা শাগে চাওখংকনি, লৈপাক চাকহোঙ ভাংহাঙ্গনী হায়।

অংম্না মহৈ-মহৈ হায়নরকই, পণ্ডিতশিংনা জন্মগী ফল হোত্তুনা য়েংবদা। দুর্য্যধনবু মরক্তা মাঙদু হায়না লেতে। কৌরব শাগেগী ভুমাপতি নিংথৌরেন, ওইযু হায়বা লৈ হল্লকখিনি হায়না, ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারীনা হঙ্গৎখি। বিদুর মন্ত্রিনা দাদা মহারাজ রাবিরুপন্ন; সোইদনা ইচা মঙ্গল ওইদুনা হল্লকখিনি, মগাদা মাংলোইদবা দুর্য্যবোল্লি, অস্তুরা থেমজিন্দুনা পুক্লিজখি। মাইগৈ খুদিংদা মীয়াম্না দুর্য্যধনবু পিনদুনা কপ্প লাওনদুনা লৈনরি, হুংশিংনা পুখিব্রা দুর্য্যধনবু খা- সামুদ্রদা থাদখবে। শ্রীঃ গন্ধারীগী মচানা জ্ঞান তাদনা ইবারুদুনা লৈবসি, সমুদ্র নিংথৌনা উরদুনা মাংহনবা য়াগা মী নত্তে। কনবীরগে থন্দুনা, হায়গৎলক্লগা দুর্য্যধনবু লোখৎলি পমংনা লৈরাক মথক্তা পুথৎপিরগা, মখোং পাইদুনা ঈশিং নিকথোকপীদুনা হিল্ল হল্লে। দুর্যাধন্ন খুরুমদুনা হায়জৈ ঐবু কনবীবিবা হে-প্রভু, নহাক অসিবু করি পাইনো জাগা অসিনা করি লমানা? হস্তিনানা কয়ামুক লাপনা লৈহৌরবগে সমুদ্র নিংথোনা হায় দুর্যাধন ঐ অসি সমুদ্র নিংথৌনি, নমা সতা গন্ধারীনা তীর্থ স্নান তর্পন তৌবদুদা হুংশিদুনা, ঐনা নংবু ঈশিংদা লোখগুনা কনবীরিবনি। দুর্যাধননা হায়জৈ হে-ঈশিংগী মপু ননাই ঐতোম্না ঈশিংদা শিদনবা, ঈশিং মনুংদা লৈবা ভমলবা মন্ত্র অমত্তা তম্বীযু, সমুদ্র নিংথৌনা ঈশিং মনুংদা লৈবা ভয় জল স্তম্ভ মন্ত্র তম্বীরে। সন্দর্ভ শঙ্খাসুরগী মকোক্না ওইবা "সন্দর্ভ শঙ্খ কৌবা মোইবুং অমা পিরে" মাসিনা নঙ্গি খুংগু মাইবুং ওইজৌ, মাসি মগুণ লৈবা অফাওবা মোইবুংনি। হৌজিক ঐনা খিনবিগনি রাগ্র নং নখোংনা চৎলবদি লম্বীগ্গু খংলোই মতমম্ভু খা ও লোম চঙ্গমি। ঐনা খিনবীরগে নামৎ উইশিন্ন। দুর্যাধন মিং উইশিনখবে। সমুদ্রগী য়াথংনা, গঙ্গানা ঈশিং মনুংদা পুবিরকপনা? গঙ্গা তুরেন মবিন হায়গংলক। হস্তিনা গঙ্গাগী ঘাট য়োরক্লনা মুমিং যুংবা মতমদা, গঙ্গানা লৈবাক মথক্তা থম্বীবমলগা সমত্র রাজাদা তমখি। দুর্যাধন কোন্নুং চডথিদুনা পিতা মাতা খুরুমজরগা। পাণ্ডু পুন্নমক তমজখি দুর্যাধন তল্লকপদা হস্তিনাগী মীয়াম গুডভাইনখি।

মতাং অসিদা রাবী তারিবা জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই, মহামুনি লাই কলি হুংশিং অনিনা মচা মগাদা য়েকরবিরসি? কররিগীনো তাকপীয়। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় মহারাজ "সত্য যুগতা বেদের নিয়াত" লাই খুন্দিনবদা খোকথিরা, হুংশিং কলি অনি থংনদুনা শাপ তৌনখিবনী হৌজিক·

ফাওবা মুংভাইনদবা অমা লৈ। চহি থুদিদি (চড়ক পুজা) চৈরাওবা মুমিত্তা, কৈলাস পুরগী (রঙ্গস্থল) কাংজৈবুংদা শিবা দুর্গা লেংথোকুনা সাবীত্রি ব্রহ্মা ছচী ইন্দ্রনাচিংবা লাইরাম পুম্নমক্না ভাবক ওইরগা লাই পাখং মীচং থারনহনা খোড থাওজ শাগৈ। খুৎ ৭—০ -১৪ থোকুনা মিচং অমরোমগী পঙাকপনা মুংশি না ওই, অমাবামগী পঙাকপনা কার্ত্তিকনা ওই। গনেশ থাকুরনা মুমিত্তুগী কাওলক চেনবা; কাওদ্রুম থনবা হুনবা ওই। মপা-মপ লেপ্নরগা হত্তে হুন্দুনা পরপ্রপ শানরকপদা মুংশিংনা কাওদ্রুম ফওখিবদগী মখোং য়াংবা মপাঙ্গল কলবা হেনবনা। লাই অমত্তনা তাবা থাবা কংদহনা ইভং তত্তনা মুংশিং তনা পাঙ্গল চপ্লে॥ মাদু উবদা কলি অসি মকিং শমহনা থোরক্লে, মহাদেব ব্রহ্মাদা হায়জৈ প্রভু অনিমক চসি গী কাংজৈ অসি অচনবা অমত্তনা চনবাসিদা লাই পুম্নমক পেল্লে। ননাই ঐ অমুক্ত মুংশিং অসি পানশকপে ব্রহ্মা শিবনা হায় কলি মুংশিং অসি, নন্দি, বিরভদ্র, কত্তিক, জয়ন্তকুমার, অশ্বিনি কুমার। নখোইশিংমক্না লাবা যাত্রবসি নন্দি মপিক মনেম অহনবু, মুংশিংপু পাবা য়াবা হোৌনদে; লাইয়াম্না নোকখি নিগথাকনু এ প্রভু পিকই হায়হনসু খুণ হায়বা অমা লেবনি; মোয়াক মশিংখাবু কমদোবগে; ককংচ নোমৈথৌনা চিকপবু নাদববা? নোংশাবু শাহুডন। ভথা থেল্লে প্রভু অনিগী চরননা শাক্ষি সত। মুংশিং অসি পাজল অমা ফাংবা চনবা উমহল্লাই। শিব হাক্কনা চংডংবা অহুদি কুম্মৈ অমুকং যেসি, কলি থুকমনগা চঙখী জয়ন্তকুমার পোথাহল্লহন কাংজৈহ পাইবগা? মুংশিং ঐগা পানসি হাযহনা মমাংদা লেপখি। গনেশনা কাংদ্রুম পায়রগা কলি মুংশিং অনিগী ময়াইদা হল্লে হুল্লে, কাংদ্রুমসু মুংশিংতু থোমংদ কলিগী মথং য়েংই। কশি তানকপদ কাংছজ কাংদোম্না কাংদ্রুমহ থক ইনশিল্লগা, কাংজৈ হায়গ তুন মুশিংকী খুউ কাওদা ফুংদক্লে। মুংশিং খুউ শা কাইনা তুথাব লাই মযাম চেনশিনখহন। মুংশিংপু কোনখং-লগা কলি নংনা মুংশিংকি খুউ ফুদেকইবা কবিগীনে? কশি য়েযু হায়নবক্লে। কলিনা হায় অপানববু ঋৈবা তারবদি মুংশিংপু ঋৈযু, মানা লাল্লি কাংজৈ শান্নবসি কাওদ্রুম ঋৈবা তানবনি, মানা কাংশম কাহনা লেপ্পদগী ঐমা কাওদ্রুম যবদা শোকচবনি। কলগী ফত্তব লৌশিং চৌহুনা মুংশিংপু খুউ মৈথেক্লগা পানা অচুম্বা শাহনা মুংশিংপ অবানবা তাহনগদবগী, মৈথংলক্লিবা ফত্তবা লৌশিংহু উবদা, লাইয়াম নাকপাক তাহনা থন্নবে। মুংশিংনা শাওহনা লাই সভাদা হায়বক্লে, ঐগীদমক দেবসভানা নাকপাক তাবীবা থংনবা তোকপীবো। ঐ ইকাংজে হায় কলি পিকক্র নংনা কাওদ্রুমদি চুম্না মৈদনা, নঙ্গি কাওদোম্না ঐগী থোংদা হনশিল্লগা ঐগী খুউদা ফুবগা অচুম্বা শাগিবহুগী দোষনা হয়েং ভুংদা দ্বাপুর যুগকী শেষ সন্ধ্যাদা; দুর্যাধন কৌহুনা কলি নং পোক্লখিনি। ঐগী ইচা ভীম হায়বা অমসু পোক্কনি, ভীমনা দুর্যাধনবু লানফমদা গদানা খুউ কাও অনিমক মৈথেককুনা হাংসল্ল। কলিসু শাওংনা পল্পোল লোমখিদুনা, মুংশিং ম নাঙ্গৈবু অদুককনবা শাপ পিবদি; করে নঙ্গি নচাশিংদ ঐগা ইচানা মৈক্রদুনা অরাবা পিশগ্ন? অসুম্না কলি নংশিং শাপ তৌনখি। অদুনা হন্দক মৈক্লরিবসিনিঃ জগ্মেজয়না হায়জৈ মুনিদেব দুর্য্যধননা মতুংদা করম তৌরকইবগে? লিবিয়, মুনিনা হায় নিংথো

লিয়গে তারো, দুর্য্যোধনসি নোংলৈনা পুকবদগী কোক ঙাওবগুম বুদ্ধি লৈত্তাদবা য়াথনসি ভুবজ্রংদা; ইরে লৈবগুম তৌরহুনা পাঞ্জিদা কোষ্ঠী য়েংববু পাঞ্জিনা মচাইবুংঙো দযা কয়া পাংদে। মাটুল ভুজন তৌরবদি দয মু কোকনি, বুদ্ধি লৌশিং মহৈমশিং চাওথংকনি। মচা ইবু'ঙোদি মিংচং ফগনি পৃথ গী মপু ওইগনি; অমুক্তং মান্মাশিংবু চাকৌরগা বর অযুক্তা নিবিয়ু। দুর্য্যোধন হন্নক্তুন মনাওশিংগা মঙোন্দা থনবা মনাইশিংগ যা তাম্নবে, ইনাওসা মাতুল ভুজন তৌরগা বর অমুক্তা নিসি। অদুম তৌরবদি বুদ্ধি লৌশিং মহৈ মশিং'দা মিথোই মীহেনগনি, অসুম্না পাঞ্জিনা হায়রি অহন লমন তাংনগন্নসি। য়া য়া লাওখ্রনি অদু ওইরবদি পাণ্ডবনা তাখ্রগা মথোইস্তু ভৌগ্‌বদি, ঐথে'য়না মখোয়বু হেনবা ঙমলরোই। যাংবদি মপোয়বু ঐথোয়ন' অমুক্তং হেনগংতুনা ম'খাগসি নমথনবা হোংনসি মথোই তাংনগন্ন'স। অশুয়া লেপ্নহুনা মনাহ নহাবোনশিং'দা তার্ত্তন চংহন বে। নিমন্ত্রন চংখ্রিবা নগা অঙাওবশিং অহু; বাঙুনগী কা হৈ চাপোক্লগা লমগা দা হজ্জিনখি। দুর্য্যোধননা মামাশিং লাইনা লাকনি, হয়েং ঙল্লপনা য়োংক্লগে; শোইদনা লা ভম্মু হাযবক্রে, অসুম্না ওহদব শেমহুনা ভমশিনখরে। মামা ১০০গীদমক পুজাবি বাহ্মণ নগাবোনশিং থম্নহুনা চাক থো হনখরে, মথন কয়াযুক ফন্দেসগা লোইননা লাংজরে। ফম্বা লোইহুনা ধাধন চাইজখি। অংশামদদি বার্ত্তা পৌন্দবনিনা লাকত্রে, মুমিং যুংবা মতুং পুং ১ তাবা লাওবা ভাইনরগা লাক্লরোই থম্নহুনা চাথোক্লবে। দুর্য্যবনা খল্লি; ঐগী মাম' চামাস ইশ্যানিংঙৌগী হম য়ানীগী য়াথঙ য়াওদে হায়হুনা, ঐগী বার্ত্তাবু ঊসিওহন লাক্তবনি। ঐনা অস্তুক লুনা হোংনজবা অসিবু অবেয়দা মাংগনবা সত্য থঙ্গনি মথোহসি গাংকে, অসুম্না দুর্য্যধন লেপ্পুনা ফত্রবা মীগী য়াথল, মী হাংমবা লোশিং মবুক্তা লেংবা লোংবহুন কোন্নদা চংখি।

নিংথৌ মহারাণাদা হঙ্গংলি যা ফম অহ্ হাব'জ; পাবু মগাবাজ্র ইম পাটেশ্বরীম্ভু তাবিয়ু। হন্দক নোংলৈনা পুকবদগী বুদ্ধি লৌশিং ফকচিনব? ই ১০ মুঙাইতবা অম' তৌবে। মংম অসিদগী নচানা পণ্ডিতশিংদা য়েংজরুবদা! জন্মগী ফলদা পৃথীগা নিংথৌংনে ওংযু হায়বদি লৈবগা অকায়বা থবা পিরি। মাসিবু মহৈ তম্বদস্তু বুদ্ধি থব ফকচিনবা' পিরিবা পুন্নমক কোক্তুনা মহৈদস্তু পদ্দ'বদস্তু, মীথোই মীহেনবা ফজ্জদবদি বন্দা (প্রমাণ কুটির) যুম অম মক্তিক চানা, লৈকম চাফম চন্নবা শাবগা মুমিং ঙয়েংনি চযোন অমা শুনবা হাঙ্গা অমা মাম চামাবু অন্নদান কংলগা বন ভুজন সেবা তৌহুনা পেন-হল্লবদি, বিত্তাদস্তু ভাগ্যদস্তু মাথোই মীহেনগনি হায়রি। মাসিব নগানা অমুক্তা তৌজনিংই, ইপাগী ইমাগী য়াথং লৈত্তনদি নচাম্ভ ভযজদে। মামা শিংনস্তু যাবিরক্লোই, ইমাগা পাবুংগনা মুংশিবিহনা অমক্তা পাংথোকহনবিয়ু। নচ' ঐথোই চামানা পাণ্ডব মঙাদগী মহৈ তম্নয়কপদা, তোম্বা অসি য়াম্না ঙুঙাইতবে। মচাগী যা তাবদা নিংথৌ মহারাণানা হায়, দুর্য্যধন নংনা পাম্বত্ত লাংজৌ বনগী থৌরাং লোইরগা তাকলকউ; নংগী মামাশিংহ ঐথোইনা কৌগনি! দুর্য্যধন রাজা বাণীগী য়াথং ফংঙবদা, মনাওশিং মনাই কত্তবা কাণ্ডবু তানহুনা যমুনা খোঙবানগী বন্দা মিস্ত্রি ফত্তবাশিংগা তানরগা, মুংনা চন্দুনা মথক্তু হিদাক্তি কয়া চেংহন্দনা ফুরা অচৌবা অথা শারে চাকযোংশং ইনা কুপ্পা ময়ামগী পোত্থাশং

অমত্তু শায়রে, থোৌবাং পুম্নমক লোইবগা নিংথৌ মহারাণীদা হন্নহনলে। ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারীনা পত্রগা লোইননা নিমন্ত্রনবু পাত্র অমদা চেকশিন্না শিন্নরগা থাখ্রে।

পাত্র অদু চংখৎহুনা সুবল নিংথৌগী মচানিপা চামা গন্ধারীগী মোপা, সৌভদ্র. সৌমিত্রনচিংবা ১০০গী অতোনবনা শোকনি কোই চাম্মগী মকমদা (পত্র) চিঠিগা লোইননা চাক্কৌবগী বার্তন পিরে; চিঠি পারে বার্তন লৌরে চিঠি অমা অমুক ইরে। পাত্র অদুদা শিন্নরগা সাজনা য়োজরক্কে হায়দুনা বিদায় তৌরক্কে; হস্তিনাগী পাত্রদু অমুক হল্লক্লুনা হস্তিনা য়ৌরক্কে। ধৃতরাষ্ট্রদা পত্রগা লোইননা পাও কচ্চরে; অন্ধরাজা মচা দুর্য্যধন্দা চিঠীদু শিন্নখ্রে। দুর্য্যধন বন্দা পোংচৈহোন্থদুনা (অম্ন যেঙ্গন) চাক ইঙ্গাং মথেল কয়ামুক লাংদুনা থোংবা লোইবগা ফুরা মঙ্গংদা চাকপুক ১০০ থাদুনা চাক ইঙ্গাং হাপ্পা লোগদুনা ঙাইবে। অসোমদগী সুবল নিংথৌগী মচা চামা হস্তিনা কোন্নুং য়ৌরক্লুনা ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারীবু খুকমগগা বন তান্না লাক্লুনা। দুর্য্যধন্না লাংডিবা জাগাদু য়ৌরক্কে। রথ থাদুনা কুমথনবক্কে দুর্যাধন মচিন মনাও ১০০না মাতুল ১০০বু খুরুমদুনা আসন থারে; ওহাক পোথানরগা রাবী শানরে। অদুদগী দুর্যাধন্না হায়জে, মামা পুম্নমক লেংশিনবিরো য়ারগনি, হায়না চাক তাকখরে। মাতুলশিং চংদুনা চাল্লুক্তা ফম্নরে, পুজারিশিংনা হাপই মহৈ মহৈ চানরে চাবা লোইরমদাইদ ? ইঙ্গিং তৌনদুনা পুজারিশিং লোইনা থোকলগা দুর্যাধননা থোং থিজিন্দুনা মপাল্লোমদা ছো লোনখিবদা মঙ্গ অদু পুংমম মমথবে মাতুলাশিংমা লাওই, দুর্য্যধন থোং হাংদোকউ ? কবিগী লোল্লিবনো য়াম্না মম্নে। দুর্য্যধননা হায়রকই মামা নথোই হায়বিগে তারো, ঐনা দযাগীদমক মামশিংবু চাক্কৌজবগ খু মজদুনা বব নিজগে হায়না। অদুক লুনা তৌজবু, নিংথৌগী য়াখং নত্তে অভাগিন হায়রনা ঐ শিংগীবনা লাগ্রবা। এগী থোৌরাং অরেম্ব তাহল্লগা উপা ইমানা হায়বগা লাকপা ? এব উশিত্তবগী লমনশিংনা নংহোৎবু হাংকে তৌংনি। নোংমগী চেংপাক মুৎ অমগা চিনী মচেং গা হুংজনবিরকনি। নখোই চাদবগা পক্কবগা কংশ শিংনগনি খওবৌ হ য়রমগা দুর্যাধন চংখিদুনা মথোই মন্নাম চাযক্লুনা হুওডাইনা পোথানদুনা লৈখ্রে। অম্নুম্না অহিংথমা লেমে নোংঙালে চেঙপাক মুৎ অমগা চিনী মচেং অমগা ফিজৈৎ চদা য়োংশিন্দুনা হুজিনবী। মঙ্গংদগী মাতুল চানা কয়ামুক হায়জবনা দুর্যাধনন্না ওকয়া য়াখিজ্রে, ফুরা মঙ্গ দ দয তারিবা মচিনমনাওদু তানরকই। করনো দুর্য্যধনন্না তৌরিবা অসি ঐখোইগী উপায় করম্ভ লৈত্রে শবান লৈতবা নখোইবু মানা চাংকদোরিবা অসি। নখোই চানগী মঙ্গংদা মানা হুঙ্গিল্লকইবা চেংপ কসি মমতনা চাববদি চারিবদুদি হিঙ্গনি। কনানো ঐখোইগী লমন শিংদুনা মাবু হাংপা ঙমগদবা অমা চোংথোরকউ। মাঙোন্দ পিজসি হায়নরকপদা। ১০০গী অতোবা শোকনি অসি লোশিং লৈ পাঙ্গল কে মহৈ মশিং মন্ত্র তন্ত্র য়ামা হৈ, মানা হায়রকই। দাদাখোইনা ঐবু চানবিয়ু, ঐ হিংজহৌরংগ ইবাম্বশিংদি লমন শিংদুনা মগাপাপা দুর্য্যধন মসি সত্তানা শাক্তি হাংকে শোকনিগী রাশক ভাবদা মরাম্বশিংনা মঙোন্দা পিজরে, অম্নুম্না লৈরকপসি পুমিং নিপাজী

শুবে। নিপাম্নিগী ভুমিৎয়ুংবা কান্দা হস্তিনা ভুমি কম্পা তৌই, মতম অতুদা দুর্য্যধন্না ফুরা থুগাইদুনা নিংখাইহল্লু য়াথং পিথরে। দুর্য্যধন্না মচিনমনাও ১০০না থা' পাইতুনা কোটরগা, মনাইশিংবু য়োংশুক মুংথং পাঁইদুনা ফুরা থুগাইহল্লে। মতুংদা নৈখিবা ১০০দু শৌকনি হিডিঙ ৯৯দু শিরে, মীওইবনা কলি যুগতদি চাদ্র থকতবনা লিম্না ফাওবা লৈয়েংদা তাদ্রবদি? নিপান ৭নিদা শিগনি, সুপীনা ৮নিদা শিগনি অসুম্না বেদনা পিরি। দুর্য্যধন পোকপদগী কলি হৌখরবনিনা, ৯৯দু ৭নিদা শিবে শৌকনীদু হীওনী।

ফুরা য়ৈথাইবা হৌরকপদ', ফু।।' কাচিন্দা ময়াম্বশিঙ্গি অসিবা হকচাংশু খর চিংশিনজুনা খজিল্লগা থুপ্তুনা লৈবে ফুরাদু যৈথাইতুনা নিংথাইহনবা লোইরবদা। মুডশিং অহু হোন্দাক্লুনা য়েংই। অতে লোইনা শিরমলে শৌকনি হিংতুনা নৈবগঙ উন্দা, দুর্য্যধন চোংশিল্লকতুনা শৌকনিগী মশম পাইতুনা থাংনা কক্কদবগী থা' হাইগৎলকই। শৌকনিন'হায় ইমাক ইবাঙভা অমুত্তা ভাইথো, মামা বা হায়দিগ মায়াদি বিদ্যা নিংথিনা তম্মকই, পায়ুই মমাগী থবাই গাংহনগদ্র। মামাবু কল্লবদি মতম অমদা যক্কবী মথুত্তগী ইমাক্কি থগ্নাই কনবা ঙমগনি, মামাবু লুনা যোকউ ইমাক্কি কান্নবা ঙঙ্গন। দুর্য্যধননা হায় অহ ওইরবদি তোথি বসি হায়দোকপাই, পুনসিগী ঐগী ক্ননবা তোপনি হায়না বাশকউ অহ ওন্ববদি মামাগী থবাইগু কনগনি মমাবু ঐনা নকমম্ন চাওনা হাপকনি। শৌকনিন হায় দুর্য্যধন সত্তানা শাক্কি মামাগী পাগ্রাসি নচোন্দ কংথোকলগে। পুন সা নঙ্গিদমক লেপলে। পাইগী নোংদনা থেংকথবব থবকি কনাদম্ভ হায়দোক্লোহ হেক হায়দোকলুববদি মুমিং থানা লৈপেবগৈ যমগী যাংনা যংখ্রগা। শৌকনিগী বাশক তাববদা দুর্য্যধন শৌকনিবু কনথরে। ধৃতরাষ্ট্র গন্ধারীদা শৌকনি দুর্য্যধন লাকতুনা হায় চাক চাংবৈ মতমদা তুম্মিকম্প তৌবকপদা, ফুরা নিঙথাইরকতুনা ননবদগী হৌন্দোকনবদা মামা ৯৯ শিবে, মামা শৌকনিদং হি হৌরে। দুর্য্যধন শৌকানিগী পাও অসি তাবদা রাজ্য লাগী থবাবগী হপাক্তা লুখনে গন্ধাবা তেংথাদুনা কপ্প মাংদগী সুবল নিংথৌদা ধৃতবাষ্ট্রনা পাও থাখরে। যদুশাগ অরাবদা পন্দান লোমাখদুনা মাংলে মাংলে লাওনদুনা কপমথি যদু শাগৈ য়ৌননকলে। ধৃতবাষ্ট্র নিংথৌনা অজ্ঞা পিদুনা যমুনাগী থোংবান্দা যজ্ঞ তৌথবে; শৌকনিনা গিরা পুংনা হস্তিনাগা গন্ধারানা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লাংথি। শৌকনি হস্তিনাদা দুর্য্যধনগা সুকথা থানদনা লৈরে, দুর্য্যধননসু শৌকনিবু থাজে। নোমদি মনাওশিং য়াওদনা গঙ্গাদা স্নান তৌবা। শৌকনিগা লাকমিন্নে মাংদা দুর্য্যধন চংলি, তুংদা শৌকনিনা হল্লি। শৌকনি তাঙা ফংভিডৈদা দুর্য্যধন মতক কল্লগে থন্দুনা, ফিমুংদ থাং শংথবে। মাসিবু বদরিকা শ্রমদা উরতুনা শঙ্ক্যা-বেশ ব্যাস অবির্ভুত ওইনা শৌকনিগী মাংদা লেপনবে। শৌকনিদা হায পংনা ককপা য়ারোই মথুবাক্তা শিযু হায়বা তমদে, মানা শিগদবদি ভামগী মথুক্তনি, নয়াম্বশিঙ্গি লমন শিঙ্গে হায়রবদি পাণ্ডব ৫ য়েরনবদা শিল্লু অদুতদা দুর্য্যধন্নচিংবা মচিন মনাও চামগী থারা নালা, কৌরক শাগৈ ছুম্না মা গদবনি, হায়রমলগা ব্যাস মাংথোকখি। শৌকনি অদুদগী হৌদুনা দুর্য্যধন হাৎকে নিংলম্না তোকখিদনা পাণ্ডব ৫ বু য়েরুনবা শিল্লগা কৌরব শাগৈ ছুম্না মাহল্লগে নিংখী। মুনিগী পাওতাক ফংবদগী

শোৎকনি ৱাখল অমুম্মা লেপখিহুনা, দুর্য্যোধনবু নুনা চান্না তৌবনা মরম ওইহনা। মচিনমনাওবু থাকবা লেপইহলবা ওইহনখি। অসিগুম্বা, মহাভারত অদিপর্ব্বগী কথা অসি অমৃতগী মশক্তি, পুক্নিং চংনা তাক্লবদা মায়াগী সমত্রবু লাপ্তোকই ব্যাসনা হায়রমলবা শোইদ্রবা ৱাহি মাসিবু পাংজবা শ্রী৺লোবক্লো সিংহনা ইমালোন্দা ইত্তে। ইতি। হরি হরি হরি।

---

## অধ্যায় :—

## ভীমবু হু পিজহুনা যমুনাদা থাদবা, পাতালদা লিনগী লৈবাক য়ৌরকপা ৱারী মতাং ॥

নৈমিষা রন্যদা পুরাণ লিরিবা, উগ্রশর্ব্ব সৌতিনা হায়রে, তাবিযু শৌনকাচিংবা মুনি সভা, ভারত লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিগী মফমদা, জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই। "মহামুনি ইবুংথৌ চামা মভাগী মথাগী ৱারী লিবিযু, ভীম দুর্য্যোধন অসি করম তৌনা য়েকনবকপগে ? মথংশিংনা তাক্লনিংই লিবিবো। বৈশম্পায়ননা হায় চন্দ্রবংশগী ফিবান ওইববা জন্মেজয় নিংথৌ, তারো মথা অমুক লিবগে। দুর্য্যোধনগী মচিন মনাও ১০০ সি শান্নবা য়ান্না পাম্মী, শান্নবা অসি মথোইস্তু ভীম য়াওরবদদা মুডাই। ঈশিংদা শাইরে ভীমনদি কল্লি মঙা তরা কাবগা ঈশিংদা লাকশিনবী। অমুক হেক থাঙ্গংপী খংবকরে য়েবমলগা হেক চংখি। মনাও মযামচু ভীমনা হৌরগা বন্দা হৈ হেকউশি পুবীখি, বারোই পানবা উবদা কাখংলো ইনাওশা, হৈ হেকউবো শায়বী। মমাওশিংনা কাথংখিবগা ভীমনা হৈপান্দু পাবরগা হেক নিকংবী। মথক্তগী তারকপদ নগং কন্না পাইবা য়াদ্রা ঐনা হৈ নিকথবদ তারবদি উ কারিইডদা মুংশিং কন্না শিংলক্রবদি কমদৌনি; হেক হৈরবী। কপ্তুনা হজিনখি দুর্য্যোধনদা কপ কপ্তুনা পাও তম্মী, দুর্য্যোধন্না হায় মতুংদা মাগা খক শান্নকগনু। মখোই মথৈদা শান্নরবস্তু ভীমনা হেক খিক্তুনা। নপোইন ঐবু য়াওহনবিন্দুনা। পোননা শানমন্নিবনি, দুশাসন নংন ওইরিনি তায় হেক নৈনিদলগা চংখি। দুশাসন অসি মবুকস্তু কত্তে দুর্য্যোধনগা পুক্না মাইয়ে, অহুদা ভীমনা কন্না ভুংশিদহুন মাবুদা পিবনি। শানবগা লিঙাই হেক গৌহনা খংবদবী; দুশাসনবু হৈবগা ভীম মমুখদা হেক হনখি। অস্তুম লে ইনবকপসি ভীমবু কিবনা তুমদা মমং কাওবা, দাদা য়াইম লাক্লে হায়না খংপ্রেক খংনা লাওহনা কপ্পবে। মরম অসিদগী দুর্য্যোধন থরাই চাকথুহনা ! খোংমদি শৌকনিগী মফমদা হংলে মানা ভীম অসি ঐগী প্রান চাক্লে, মসিবু কমদৌরগা মাংহনসিংগে, মসি লৈরবদি ঐ মুভাইগনিদা। মামানা মাবু মী খংহন্দনা হাংপা য়াবা, মরম অমত্তা তাকপায়ু। দুর্য্যোধনগী ৱা তাক্লবা শৌকনিনা হায়, ইবুঙোহন মাবু হাংসি হায়রবদি যমুনাগী খোংবান বনদা, (প্রেমান কুটির)

শংশাং খম্মা শারবা। কা-কা নাইনা খাজিন্নুনা মনুংদা মীশিং শুনবা কমুং থারবা, অহুগা চেং হন্নাই ঘি থাক হন্দেস কয়া লাওবা। পাণ্ডব মচা অসি বার্ত্তোন তৌরগা বন ভুজন তৌন্নুনা অমুক্তা চামিন-থকমিন্নহুনা মুংশিনবগী মওংদা জলক্রিয়ানচিংবা শান্ননবা হোৎনরো। মথ ওইরবদি পুজারীগা তান্নরগা হন্দেসদা হু হাপচিন্দুনা, পিজরগা ভাম হাৎনবা তৌসি অসুন্না শোকনিনা (কুমন্ত্রনা) কত্তবা লৌশিং তাকশিনবা হৌদ্রে। দুর্য্যোধন মনাও অতৈ অভাংশিংদি মরোল অকুপ্পা খংহন্দনা, দুসাসন শোকনি দুর্য্যোধন তান্নহুনা যমুনাগী খোংবান্দা শেমশাবা লৌইথরে। দুর্য্যোধননা দুসাশন থাহনা যুধিষ্ঠীরদা বার্ত্তোন তৌহনখ্রে, বাহৈদি দাদা ইবুঙো ঐখোই চামা মচা নিংথৌমচা ওইবগী অমুক্তা (বন ভুজন) চাক চানহুনা খুংঙাইনা যমুনাদা জলক্রিয়ানচিংবা শানরুসি, ঐখোইগী মামাস্ন য়াওবিগ-দৌরি চান থকনবগী থৌরাং ঐখোইনা লৌইনা লাংজরে, হয়েং ঙত্তা ইয়াম্বা ইনাও মঙামক! যমুনাগী খোংবান্দা য়ৌবিরকও হায়হুনা, যুধিষ্টিবদা বার্ত্তোন কংলমলগা! দুসাশন হল্লক্লে। নোংঙাল্লে পোং পুন্নমক বথদা হাপকৎলগা, পুজারী সেবারী পুংনা শোকনিগা দুর্য্যোধন মনাও মায়াম লোয়ননা লাকপনা, যমুনাগী খাংবান য়ৌরক্রে। চাক এঙ্গাং মথেল মথেল পুরি পুরা মডুনচিংবা হন্দেশ কয়ামক লাওডী। পুজারীগা তানহুনা খ্বাইদগী হেন্না চাওবা রডু মতুম অমা, মনুংদা কালকুট কৌবা হু হাপ্তুনা শারগা ভীমদা পিজনবা থমখ্রে। অসোমদা যুধিষ্টির মনাওশিংদা থৌরাং লোইহুনা মমাম্ন "খুরুম্নী" কুন্তীনা ইচাশা নাখোই কদাইদা চৎকদৌরি। ইমা ননাই ঐখোই ঙসিদি যমুনাগী খোংবান্দা, বন ভুজন তৌসি হায়হুনা ভরাংহু দুর্য্যোধননা দুসাশন থারকুনা বার্ত্তন এইনা তৌরমলে, চান থকনবা মথোইনা লাংলমগনি, ইশাদা চংলগা যাওজগদবনি। ইমানা বিদায় পিবিয় চৎচরুখিগে কুন্তিনা হায়, ইচাশা ঙসি অহিংগী মংদা ভীমবু, মুশুক মুশিন্না ঈশিংদা তাওবা উরম্মী। ইমাগী মং কয়া মুঙাইতে ঙসিসি য়াববদি কয়া চৎহললিংদে, দুর্য্যোধনসি মবুক কযা চুমদে হুংশা থিদা? ভীমনা হায়রৈজে ইমা ঙসিসি যমুনাদা, ঈয়োইহুনা শান্নগদৌরি। অহুমা ইমাগী মংদা ঈশিংদা তাওরম্বা উবনি মুংশা থিবিরুগথ অহাও অশুম য়াম্না, চাকাদৌরিবনি চৎচরুখিগে। যুধিষ্টীরনা হায়জৈ ইমা মাম্না শোকনিশ্ন যাওবিগদৌরি; হয়াও-হবাও তৌরকপসিদা ঐখোইনা চৎরবদি, ফজদবা তারগদ্রা। পাবুংহয়া ইমাখোক মগায়ানীনা তারগা মুংঙাইখিরোইদ্রা? মরম অসিনা ঐখোই য়াওজরুখিগে ইমানা বিদায় পিবীয়ু। কুন্তিনা হায় কবে ইচাশা নখোই বাওজরুকবা, থরদি চেকশিল্ল মঙ্গল ওইজরগউ। মডানা মমাগী য়াথং ফগুডবদা খুরুমজরগা। মমাগী খুয়া উফুল মকোক্তা হাপচরকই, কৃষ্ণবু মিংশিংজরগা পাণ্ডব ৫ চৎখরে। দুর্য্যোধন থৌবাং লোইবহুনা নুংঙাইবম্মী, মডা য়ৌরকবদা মুঙাইয়হনা যুধিষ্টীরবু খুরুম্নী, ভীম, অর্জ্জুন, নকুল, সহদেব মরিনা দুর্য্যোধনবু খুরুম্নী। শোকনিনা মুংঙাইরে ইমাক মডা য়ৌরকপা মামাগু, ইমাক ১০৫গী কুটুম থেংজনিংহুনা য়াওজরম্মী, কৃষ্ণগী প্রসাদি কংডুরসিদো। দুর্য্যোধননা কবে মামা লেংশিনবীরো, দাদা ইবুঙোশ্নু লেংশিনবীরো, ইনাওশা কওডুরসি অস্নুম্না, মহৈ মহৈ চান্নুক্তা কয়রক্লে। প্রসাদ লাওবহুনা আচমন তৌরগা মকৈ মহৈ কংনরক্লে, অয়াং অপা রেংহুনা

পুজাবিশিংনা হাপ্পী, মরাম পুরন ওইনরে, ভীম্ম চাম্নিবহু য়েংহনা লৈনরে। ভাম্বু ময়াম্বনা থাগৎলি ভীমসু গর্ভ থল্লে, মশুম অহুদা দুর্য্যধননা অত্তা পুজারিশা! রভু অমামমত্তগ পুরক্কথে। পুথাল্লিনা রভু মতুমত্র য়েল্লকপদা, হু হাপপা রভু অচৌবহু ভীমদা হাপ্পী, দুর্য্যধননা ইথুঙ্কেৎ মাইমা ইনাওগী খৌরিগী লথী অসিবু কয়ামুক কবগে? ইয়াম্বা অমুক্তা য়েংনিংতি। অমুক্তা পুম্না য়োংলু ইমাম্না ইনগেদো, কনি দাদবু ইনবিয়ু পুম্না য়োংচগে য়েংখিধু, দুর্য্যধন্না রভুহু পাম্নগা ইল্লি। ভীমনা পুম্না য়োংথরে, দুর্য্যধন্না ফৈদকো ইনাওগী খোনাওসে থাগৎলি, আচমন তৌত্তনা চিন থুংশা শেংনরে। কৈ কা চানহনা ওহাক পোম্থানরগা, যমুনাগী ঈরেন্দা কুমথনরক্লুনা ইরোইহনা শামমিরে? ভীমগা ময়ামগা লাক্কদুনা শাম্নৈ ওহাক শাম্নরকপদা ভীমদু গর্ভগী রভুহ নিংখাইরক্লুনা, হুদুনা গর্ভগা শোকনরকপদা ভাম পাঙ্গল থোক্লককত্রে দুয্যধননা তাঞ্জা থত্তদুনা, শাননবা ওক্কে ওহাক পোম্থানক্লসি হাম্বনা, থামথিদনা কাখৎনরে। কি বোংদোক্লদুনা মাগী মাগী কাদা চংনদুনা শয্যাদা হিপনখি, মহৈ-মহৈ তুম্মখে দুর্য্যাধন শৌকনি দুসাশন অহুম লোননা হোগংলক্লুনা ভীংগী কাদা চংডকপদা ভীমদুদি হুনা শিনবা থুঙ্ডক্লুনা, পুমপং প খদুনা লৈবমলে। ভামবু থাংদোকপা পোরিনা মথোং মথুং পুনসিল্লী, পুংরে যমুনাগী ঈচেন্দা ইম্প্রুগা, কাখৎলকত্তনা মথোই তুমদুনা লৈথরে। সুমিং তাম্নমদাইদা মিকপ থোক্লরকত্তনা হৌগৎনবক্লে। ভীম থোরকপবদা চংদুনা য়েংবদদি লেম্নংখ্রে। ভীমবু ময়ামনা কোইনা থিংবকংদ্রে, মহৈ মহৈ কৌনৈ খুমলকত্রে মনাওশিংনা হায়নৈ, দাদ য়াইমদু বোবোই রাম্না পাম্বনি অবাপপদা? বোরোহ থিবা চংলমগনি। থবনা হাগনৈ দাদা য়াইমদি য়াম্না লংনগল্লি, ঐখোই মরাম খুংশা থিহনগে হায়দুনা, লোননা হোগংক্লুনা যুমদা চংনমলগনি। অস্নুম্না থম্নদুনা মহে মহৈ পোং পুম্নমক লোইশিন্দুনা শোকানগা দুর্য্যধনগা মনাও মংাম পুদুনা কোম্নুদা হঞ্জিনখি যুধিষ্ঠীরদু ঐ তাক্লনদন। ভীমদু যুদ চংলমলোই নিংতি, রাখ্রদুনা মনাও ওগা মাহংথোং লাংশিম্না চিন্তা তৌদুনা, যুম য়োরকলে। মমা কুন্তীবু থুকমলগা হংখৈ ইমা—ইনাও ভীম য়োরকলবা? ঐখোইনা তুমনকবগী হৌগৎলকপদা ভীম লৈংমদ্রে।

রাসি তাবদা কুন্তী কোপা বঙ্গ তাবগা মাম্নন রাবকলে, ভীষ্মদা বিদুরদা অন্ধরাজদা তাকথরে, হস্তিনাগী মীয়াম্না ভীমবু থিনদুনা রান লৈনখি। ভীমদি যমুনাগী হচেন্না পুংথিবনা সমদ্র তাথিংদুনা অদুদগী বসাতল লিনগী লৈপাক ৫ নিগী মুনিং যুংবা কাম্না থুডথী মতম অদুদা শিন নিঙোন লৈশাবী নিপাল চেহি পুঙ্গদুনা লৈবমী, ভীম তাওথবকইবদুবু উবদা হায়নৈ, ইতা ইরাইদা তাওথরককবসি লোকউসিদো। মরে লোকউ সংহায়দনা মখোই নিপাল কবোইরকত্তনা ভীমবু লোক্লগা লৈরাঙ্গ মথক্তা থম্মে। অদুগা থরৈ ইতা মসি মীনি মহি চুপত্তনা হাওবম্না য়েংসিদো ইতা মাসিগী মীওম্নশি, য়ামদা কি শিরমদরবদি ঐখোয় শোয়নি। হা! হু কামশিল্লগা পুমসি শিহনথিসি হায়নদুনা, মাগ কন্যা নিপানদু ময়ানা চিকলগা হু কাপশিল্লি। (স্থাবরবিষ জঙ্গম বিষ) অশেবা হুনে মশাম্না চেলকপা লেংদরবা হুনে অনি অসিদি, হেক শোক্লবদা ময়াঙ্গ চম্নদুনা মাওতি। মরম অদুনা

ভীমগী দেহেদা কুপ্পম্লিবা হহু লিনগী হুগা শম্নরুবদা ময়াই চম্নখিহুনা ; ভীমগী হকচাংহু হুনা কুপ্পনা মুরম্বদগী ঙৌরোক ঙৌরক্লে। ভীম জ্ঞান লাক্লুনা মখোং মখুং খুল্লম্লিবহু কোইদত্তুনা। ফুক হৌগৎলক্লগা মঙোন্দা চিক্লম্লিবী লৈশাবী ৮হু লৈশাবী মী চিকপীশা য়ৈরগে লাওরকপদা। কিমনথ্রহুনা মকোল মরিক মফি মরোন হুঞ্জেক্লম্লগা নাগরাজা বাস্নুকিগী সভাদা তম্না চেন্সিন্নরকই। বাস্নুকিগী মস্না পোকপা মুহীমালা কোবী অমা। মখোই ৮হুগী মনুংদা কন্যা ফজবী অমা য়াওরী। মাদী ময়াইবক্তা ভীমবু য়েকশিনবীবমল্বোইদনা। ভীমগী মশক উবদগী লৈগী তেন লো থমোইদা পানথ্রহুনা ভীমবু হম্না হম্না য়েংহুনা চেল্লকপনা পুনত্রৈ পুনত্রৈ তুরে। মতৌহু উবদা লৈশাবী মখোই শতুনা কোনখত্তুনা পোবগা পুশিল্লক্লে। মুহীমালাবু থাবগা থম্মী বাস্নুকিগী চরন্দা খুরুমহুনা। স্বর থবেং থবেং হল্লংলি।

প্রভু ঐখোয়না সমক্রদা ইকভবিঙেদা মখোং মখুং পুল্লগা মুশুকমুবা নিপা অমা তাওথরকই; মাবু পোল্লগা লেবাই মথক্তা থম্নগা ঐখোইনা চিক্লনা হু কামশিশুবদগী ঙৌরোক ঙৌরকই। অহুগা পুল্লবা থৌবি কোইদংলগা ঐখোইবু ফগদবগী তান্নরকই; এখোই পাখত্তুনা চেল্লকপদা ইতা মুহিমালদা মিক্তন চেনখংখ্রমাল্লে; চেনবা ঙমদ্রহুন রাস্ত্র। মবম অহুনা ঐখোইনা পোহুনা পুরকপনি অমুক্ত য়েংবিয়ু; নিপা অহুনা কনানে তাকপায়ু। কন্যাশিঙ্গি পাও তারগা বাস্নুকিনা ধ্যান চেহুনা য়েঙঙকপদা মবম পুন্নম লোহনা উবরু। নিপাহু কৌশিল্লু হায়না মনাই থরা থাখ্রে; বাস্নুকিনা মুহীমালা য়েংহুনা হায়রকই, ইবেম্মা ইশুদি কৈদৌরবনো নঙ্গি মুংঙাইতবা করি লৈরবগে সেংনা হায়য়ু ? ইপুনা নঙ্গি অরাবা কোকহনগনি। মুহীমালা খুংলোম্নদুনা হায়জরকই, ইবুধৌ নিপাহু হুয়ানবনি মানা ঐগী থম্মোই হুগা লোশৌরে। মাবু ফারগা পিয়ু ইপোং হুরবগী হয়ুমদা মাবু বগুি থমজরগা; নশুগী অরাবা পোকচানী। বাস্নুকি মোমোন তৌহুনা হায়রকই হে নাত্তী নিপাহু শ্রীকৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবনি; হস্তিনাদগী লাকপা পাণ্ডবকি ভীমসেন হাইবহুনি; সেবা তৌবদা মতিক চাবা নিপানি; ইপুনা সোইদনা পিগনি রারুগহু। মতাশিংহুনা হায় হে ইতা মুহীমালা ঐখোইদি কিবদগী পাখত্তুনা তুবোই নিঙডা; নংদা নিপাহুগী প্রেমগী পোংলুম খোঙ্গত্তুনা পোরকপদগী নম্মুনা তুবীবোইরে। হৌজিক্তি থঙজরে ইকজথোকলুরসী, বৈষ্ণবী ওইরগদবনিনা প্রনালিকা লৌবীহুনা লিক পায়বাবা য়ারগনী। হাযহুনা মুহীমালাবু পুরগা নাগীনা কন্যাশিং অমুক চংথরে, অসোমদা ভীমহুদা জ্ঞান ভাদবদগী ফমহুনা লৈরম্মী। বাস্নুকিগী মনাইশিং য়ৌরক্লুনা ভীমগী মকমদা হায়রকই, মহাশয় লম অসি নাগলকনি, বাস্নুকি নাগরাজনা মহাশয়বু চানবিহুনা কৌশিল্লু হায়হুনা ঐখোই লাকপনি। হৌজিক্তি নাগরাজাগী সভা য়ৌরসি, রাহৈ অহু তাবদা ভীম মুংঙাইরহুনা লিনশিংহুগা লোইননা নাগরাজগী সভা য়ৌরক্লে। বাস্নুকিগী সভাবু দণ্ডবতনা খুরুম্মী, বাস্নুকিনা তম্নামনা কৌরকই, হে ভীমসেন লাও ঐগী ইনাক্তা চঙকউ; রারী শানসি ভীম চংজখিহুনা নাগরাজবু লৈপাক্তা চৈশু তাবগুম্না দণ্ডবত মঙ্গারক কংলি; বাস্নুকিনা চিংথং-

শিন্নবা কোনবী। ভীমসেন আসন অমা তোম্লরোই ঐগা ফমমিন্নসি হায়দুনা য়াজা আসন্দা পুথং-শিন্ত্রে। ভীমনা খুৎ অনি লোন্নজদুনা হংজে, প্রভু ঐনা মাসি য়োরকইবা অসি করিননো অমুক্তা তাকপিয়ু ? বাসুকিনা তাকপিরকই। নংনা মফম অসি য়োরকপগী মরমদি, মখোইনা চাক চানবা অতগী লোইরকপদা রডু অমা দুর্য্যোধনমা ইনবা নংনা পুন্না য়োংখিবা অদু হু হাপ্পা রডুনি। নংবু হাংকে তৌবনি ময়াম্না ভুমথনবা মতমদা নংবু শৌকনিনে দুর্য্যোধননে দুসাশননে মখোই অদুম্না নখোণ্ড নখুং পুন্নগা যমুনাদা থাদরকপনি। হুনা কুপতুনা শিবগা মান্ননা তাওথরকপদগী নাগ-লক য়োরকইবনি মণ্ডানি শুরে।

নংবু কল্লকইবসিদি ঐগী ইশু মুপীনা মত্তাসথিশিংগা নংবু চিংখত্তুনা চিক্লগা হু কাম্বদা নংগী কালকুট কৌবা হু অদুগী মন্নাই চমথিন্নুনা, হিজৎলকপনি। নংবু থন্নাই কল্লকবা ইশুমুপীদুগী নং অসি ইশু ওইরো, ঐনা নঙোন্দা কন্যাদান পিরগনি। নাগ রাজাগী বা তারবদা ভীমনা হায়জে, হে প্রভু ঐবু চাক চন্না অমত্তা থাম্না নিজখিগে ; লামবনা থন্নাই অসি পুবা শুমজে। বাসুকিনা হায় ভীমসেন ঐখোয়গী নাগলক অসিদি চাক চানদে, অমৃত থকই, নংসু অমৃত থকচরু। ভাণ্ডারি মনাইশিংগা ভীমবু থাজিনবিন্ত্রে, অমৃত ভাণ্ডারদা কুণ্ড নিপানথক লৈ অমৃত থন্না তুংই, লিনশিংনা ভীমবু পুশিল্লকুনা তাকই। হে—ভীম অমৃত কুণ্ড নিপাল নংনা ঙম্মথৈ থকউ কুণ্ড অমা থকপা ঙম্নবদি শামু লিশিং অমগী পাঙল কনবনি। ভীমনা হায়রকই. কুণ্ড নিপান্ অসি লোইনা থক্তোকপদি য়ারোইত্রা ? লিন ভাণ্ডারি-শিংনা হায় ঙম্নবদি লোইনা থক্লবসু য়াই। ঐখোই নাগলোক্তীদমক ব্রহ্মানা থাবিবনি, হৌজিক লোইনা কন্থোকখ্রবসু হুরেন অমুক থন্না তুংঙমগনি ; ঙমই মথৈ থকপা য়াগনি। ভীমদা পাত্র অমা পিরে মখোই ফমদুনা য়েংই, ভীমনা পাত্রনা কন্দুনা থকপদু পেন্থকত্রদুনা কুণ্ডদা চোংথরগা, মক্লিন্না চপ চপ চিংদুনা থক্লে। ভীমগী মতৌ উবদা লিন পুন্নমক কিনগে ; ভীমবু পুবকুনা সভাদা থুংগুরে, বাসুকিনা ভীমদা মশুমুপী মুহীমালাবু কন্যাদান পিরে। ভীম মুহীমালাগী জাগাদা নুমিৎ হুমনি পন্দুনা লৈরে; মুহীমালানা থন্নাই কংনা সেবা তৌজে, ভীমগী ঔরসদগী গর্ভগী লৈখোন ওইখে। অন্নীগী নোংভাল্লকপদা মুহী-মালাবু য়েংদুনা ভীমনা বিদায় তৌরক্লে, হে পৃয়ে ইবেম্ম এগী বরদগী নচা নপা অমা শুণ চেল্লবা অমা পোক্লো। ঐদি হল্লগে ইমা ইয়াম্বা ইনাও য়ানরম্নগনি, মংদি লৈগৌরো য়াহৈসি তাবদা মুহীমালা মবুংঙোগা খোং পায়দুনা হায়জে ; প্রান নাথ ননাই মুপীবু কাওবাগনু, হৌজিক্তি মতম চাদবনিনা লেংবিরো। মতম এমদা অমুক সেবা তৌজগেকো হায়দুনা। মবুংঙোবু খুক্লমগা হু চম্বা লাইথুং তিন্নুং লাইনা চংদবা মনীগী পুন্দাপ অমা কংলগা বিদায় তৌজরে। ভাগ থোকখিদুনা বাসুকিগী সভাদা চংশুদুনা নাগরাজাগী চরন্দা খুরুমদুনা বিদায় নিজরে। বাসুকিনা অমুক গদা অমা পিরগা হায়রকই, ভীম লন্থীদি অরাং পাংনা চংখিবা লন্থী অমা লৈরমগনি, মাদুদা অদুম হায়গংখো। থর চংলগা লন্থীগী নোংচুপ পাংবদা চিংশু উগী বন অমা লৈরমগনি ; বন্দুগী মথুং মন্নাইদা মুংগী ফুন্না অমা লৈবনি। মাদু-রাইদা লাও খোংডু পাতালগী ভৈরব কৌবা মহাদেবগী মন্দিরনি, লাও খোংবা য়াদবা মহাদেবনি।

নং হুরেম অরাবা তাগনি, নোঙুক্তা চংখো, অজুদগী অমুক চংলগা বলিরাজাগী লৈপাক্ত কজনি। অজুদগী লম্বী অশঙ্বা অমা লৈবদি অহু রাইগী মীদা হংলগা থজনি; মঙোল ওইজৌ হায়না মানবীহুনা বিদায় পিবীয়ে। ভীম অজুদগী কৃষ্ণ শোন্দুনা যাত্রা তৌবকপনা লম্বী অরাং পাংনা চংখ্রিবা লম্বী অহুগী মচুং ইরা হাইগংথি। অসিগুম্বা মহাভারত আদি পর্ব্বগী ৱারী অসি অমৃতগী মশক্তি, মাওইবনা তাজবনা তীর্থদা লুপচবগী কল ফংতি, শ্রীব্যাসদেবনা লেংলম্বা আদিগী কথাবু সভাগী মনাই শ্রী৺লবঙ্গ সিংহনা ইমালোন্দা ইজবি ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল। মতাং অসিদা শ্রী৺খুন্দোংবম লবঙ্গ সিংহ ৱারী লীবা পণ্ডিতনা ইবীরম্বা শরুক লোইজরে ইতি।

---

# অধ্যায়ঃ—

## ভীমনা ভৈরব মহাদেব উনবা বলিগী লৈপাক্তা মুদ্রা কৈন্যা লুহোংবা অমসুং হস্তিনা য়ৌরকপা—

### ৱারী মতাং ॥

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺ওাশেপম ওমব সিংহ কথা বাচক পণ্ডিতকি, ৱারী শৈরেং ইবীরম্বা হোজরে।

বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তারো মহারাজা জন্মেজয়, নবুধৌ ভীম অহু অরাং পাংনা চেল্লকপদা। শালবন ভৈবব মহাদেবগী জাগা য়ৌরক্লে। অমৃত থক্লকপগী মবাইনা মহাদেববু থেনেনিংঙক্লে। লেপতুনা কৌবকই হে—পাতালগী ভৈরব, নহাক অসি ৱারকপিনবা লৈত্রগুনা য়াম্না নিঙাই চাওই হায়বা তারে। ঐগা চাং য়েংনসি খোক্লকউ লাও হায়না লাওরক্লে, ভীমগী খোল্লাও তাবদা শদা শিবনা য়েংলকপবু ভীমগী গর্ভদা, অমৃত কুণ্ড নিপান থক্লকপগী তুংগুনা লৈরিবদু উরে। মহাদেবনা হায় দেবী নংনা হন্নবী শারো, ঐ বণ কাও শাগে, নংনা ঐবু, ভাবনগী মওংদা অমুক্তা কাবিয়ু হায়রু। ঐ শাগী গর্ভদগী অমৃতসি গর্ভ হায়গাইরগা পোথোক; দুর্গানা হায়, প্রভু ভীম অসি মমা লুখানা ৱানা য়োচরকলরনি. মপান চাজখ্রি মাবু লাইনা মীনা য়াম্না য়েংথিবিরে, শোইবা লাক্লগনি অমৃতসি লোথোকপিরগনু, অমর ওইজরসনু। শিবনা হায় প্রায় ভীমদি মবক্তা মখুলোই মামা অমর ওইখ্রবদি শ্রীকৃষ্ণগী নিলা কাইরগনি, লোথোকহৌদবা য়াদ্রে। ৱাসি হায়রগা ঝণ লাবা কাও অমা ওনখরে, দেবীনা হন্নবী অমা শাখে। ভীমগী মাইগৈদা ফিঃ ফিঃ কামদুনা চেস্থোক্লে; দুর্গানা থৌরি অমা পাইরগা তুংদা তান্নরকই। ভীমগী মকমদা লাওনা হায়ববকই, লম্বীদা লেপইবা মহাশয় ঐগী ঝণ লামচাদু, থৌরী নাস্থোক্লুনা শঙোল্দগী চেলথরে ঐনা তান্নবা ফংলাইদৌরে অমুক্তা কাবিরগা ইমাবু উলায় অমুক্তা তৌবীদু। ভীমনা হায়রকই ইমা হন্নবী নংনা কদাইদা ঝণ লামচা অঙাওবা লোইক্লসিবনো? কৈ কাবিগে, হায় ঝণ লামচা লুখাবীনা লোয়রগা নংনা লম হেক্লবা শারিব্রা লাও হায়

থংগনি ওসি, অসি হায়রগা ভীম গদা থমলগা চেনশিল্লক্লে। মহাদেবসু ভীম তম্না চেনশিল্লি, ভীম চোংশিলখিহুনা যগগী মচি অনিহু ফারগা। গৃঃ গৃঃ ইল্লি। ভীমগা যগগা ইন্নরকপদা পতালপুর গেগে হায়রে, পতালগী ত্রিব পুন্নমক হাকার লাওনরক্লে। সংহারগী মপু শঙ্করনা ভীম্বু পৃথীদা লোংনা অম-থেক্লুনা মচি অনিনা থমোইদা য়ৈশিল্লগা হাইগাইরে। ভীমগী গর্ভদ নাতান লোনশিনখিহুনা, অমৃত লোইনবা চিংথোক্লুনা লৌথোখরে।

সিথখ্রবা ভীমবু অমুক গর্ভ হোগাইরিবহু লৈনা শং শং লেকতুনা হায়গুম তাইশিনহল্লগা; হিংগৎহনখ্রে। ভীমনা হিঙ্গৎ লকপদা যগ, হনুবীকুসু লৈরমক্রে। মহাদেব ত্রিশূল পাইহুনা লেপ্লুনা লৈরমক্ত সদাসিববু উবদা দণ্ডবত তাহুনা খুরুমজে। প্রভু হৌজিক ঐগা থেংনরগা যগ লামচাহু উবিহৌব্রা? শিবনা হায় ভীম ঐদি থংহৌব্রে নংন রান্সুহুবা লৈবহুদা। নংবু মুংশিহুবা ঐ লাকপনি। নংনা পাম্বা বর অমা নিযু পিগে; ভীমনা থাল্ল ঐবু হন্দক হাংনবা থোরাং তৌরক ইবসি মামা সৌকনাগী খুজিন্দগীনি। যুধ য়োরগা অমুক্তা লাক্লগে থন্দুনা। নিরক্লে প্রভু ঐবু মানা ৬ পিজহুনা রাহনবগী লমন্দি ঐনা চাবগা দশানা মাঙোন্দা তাহল্লগে; ঐনা যোৎপদনা বেরা লৈহন্দবা মান্দুনা শৌকনীগী গর্ভদা থম্বীবা মান্দু মপান থোকললকপদা মথরাইদি শিদবা য়ামনা রাহনবীবা অসি পিনবিয়ু। মহাদেব মোমোন নাক্লুনা হায় মাহুমক লেপনা ওইরসনু নংনা রাহল্লগে ফংহল্লগে হায়রগা ঐবু নিংশিংউ হাবমলগা মাংথোকখ্রে। দুর্গানা খরা ফবা বব পীবিবা য়াব্রা? দুর্গা মানদি ওইথোকত্রিবা বর অম নিবক্লে; ঐনু য়েংনিংহুনা পিথোকল্লুববনি প্রভু নপু ননাইসি ভাওবা মাম্নখ্রেদা। অঙ্গদগী ভীমহ অরাং পাংনা চেল্লকপদা অতনপুর বলিগী লৈবাক য়োরক্লে। মহাদেবনা অমৃত লোযোকখিবগী গর্ভত লাম্বনা চেনবা ভমলকত্রহুনা। থোঙ্গাল অমদা চংলকই মাংগোন্দা হনুবা অমা ফমহুনা লৈবমক ভীমনা ইবেল ঐবু চাক চরা অমত্তা পিঙ্গো লাম্বনা থুম য়োবা ভমলোইদোরব হাযরকই। হনুবীহু ভানগী ফাবম খোলাওদা থকংখ্রহুনা রা ভাংদনা নিক্লুনা লৈরে। মঙৌহু উবদা ভীমনা হায় ইবেম্নং শকপ লাই থুংব্রা। হনুবানা হায় ইবুঙেঙো নংবু শকপ লাই পুবা লাইরা? নংবু উবদা ইবেন্দা নিকথে। ইবেন্দি লুখ্রাবীনি চেং লৈজদে হুজিক্তা নিকংবদা উতোং ২ বোমদং ফংজরকই; মাসি থোংলগা চামিন্নসি হায়বনু নবুক থনগত্রা এ—ইবেন অহ ওহম্নবদি চাজররোই লম অসি কনাগুমবা অন্নদান তৌবা সদাব্রত থাগুবীকা লৈতেকো ইগুদি কয়া য়াম্না চাগনি?

ইবেন ঐগীদি চেংশিং কক্তে লৈত্রগা তোকপা! লৈরিব মথে চাবা ওমই। অহু ওইরবদী ইবেন অমা তাক্তে। লৈপাক অসিদা পালিবা বলি নিংথৌগী মচাম্নপা মুত্রানী কোবী কন্যা অমা চাক সদাব্রত তৌরিবনি। মবমদি চেং মন ১০০ গী চাক হারাই মন ৫০ গী য়েঙ্গাংগা চাবা ওবা নিপাবা। ওঙ্গনি হায়হুনা রাশক্লুনা চাক থাওজীবনী মাহবু চাবা ওমলবদী কন্যাহুসু কজনী। নহাকপু কনানো ইবেন্দা তাকলমমু নংবু উবদা য়ামগু হুংশি য়ামগু কি গুণ রাম্বা চেল্লি রাজা কন্যা

অহুদা লুহোংবিরম্নু। মকম অহুদা লেঙেঙা। ভীমনা হায় ইবেল ঐদি পাণ্ডবকী ভীম হায়রবহুনি, হস্তিনাদগী লাকপনি ইবেলবু ইপু লৈত্রবরা ? নচা নশু অমত্তা লৈত্রব্রা। ইবুঙেঙা ইবেন্দি কনা লৈজত্রে ইবেলগী ইমিংনা শুমেবা কৌই অহু ওইরবদা মুত্রানী কন্যা ঙসি সোয়দনা হোংঙনী ইবেম্না ভাকপীবগী ঐস্থ পেল্লে। ঙসিগী লুহোংবগী কুজবা ইবেম্না য়াবিয়ু। ঐস্থ ইমা কুন্তানা লুথ্রা ওইনা য়োক্লল্লহুনা ইবেনগী নত্তো উবদা য়াম্না শুংশিরে। ঐগী ঈমা শাবীরো। পুন্দিগী রাদনবা নমৌগা কোল্লংদা থম্বীম্নগে, শুমেথানা হায় ইবুঙেঙা ইবেলশু নপু অমত্তং রাখল তৌথিসিরা খললম্বনি। হৌজিক্তি ত্তোক্লগে ইচাগী নপান্দগী কোল্লংদা ইমৌগা কোম্নহুনা লৈজহৌরগে। ফরে ইমা ঐ য়োরম্নগে মার্তনাদি অস্থুম থুকমজরে, ঙস্তা য়োবিরক্রো হায়না খুরুমলগা ভীম অমুক চংথিহুনা মুগ্রা কন্যাগী গোজংদা থুংখ্রে। ভীমনা ম্বাবীদ হাযরকই হে — দ্বারী, মুদ্রানো রাজকন্যানা লুহোংনিংবগা চাক খাঙিত্ত হাম্নবা চুমত্রা। নবেম্মদা অংঙা হায়রু, লুহোংবিরগে হায়হুনা নিপা বোর অমা থুঙরে, চঙকপা রাগত্র। হারহুনা ? পাঙ অমত্তা লৌরু। ভীমগী রাহে ভাবা মগুণ অহু উবদা, দ্বরী চেনশিনখিন্দুনা রাজা কন্যাদ হঙংাল। মচা ইবেম্মা গুণ চেল্লবা মুপা অমা থুঙরে, ইবেম্নবু লুহোংগনি হায়রি পুসিন্নকপা য়াত্র। মুত্রানা হায পুসিন্নকউ দ্বারী খোরক্তুনা ভীমবু লেংসনবিরা য়ারনি হায়রক্লে, ভীম চংখিহুনা বাজ কন্যাগী কোম্নং য়োবক্লে। ভীমগী সনাগী আসন থারে আসন্দা ভীম ফম্মে, কনান খুংলারহুন হায়জনকই। মহাশয়বু কবি দেশদগী লেংবিবকপ নাম কবি কোবাবা ? কনম্ন বংশদা যাত ওইবনে ? ভীমনা হায় কন্যা ঐ হস্তিনাদগী লাকপনি, চন্দ্রবংশদা পোকপা পাণ্ডুগী মচানি, ঐনিংনা ভীমসেন কৌই। নহাকপু রাশক্তুনা চাক খাঙগা নিপা থিরি হায়না তাবে মবম অহুন এ নহাকপু লুহোংবিবগে লাকপনি, হোঙহসিদনা হায়রক্লে। কন্যানা হাযজে মহাশয় এগী হাশক্তি, চেং মণ ১০০, হবাই মণ ৫০গী চাক য়েক্লাং চাবা ঙম্না ? নিপাগী মনাই ওইজগে হায়বনী। চাক চাবিখো ঙলমবদি ননাহ ওইজগে ঙমত্রবদি ঈশিং হোম্নহল্লি, নাসি ঐগী রাশরি।

ভীমনা হাইরকহ হবেম্মা হান্না হোংদাক্লসি ; নংনা থো বা নখুৎ চাবা য়ানবা ? নঙ্গি রাশক চাক অহুদি সোহদনা চারগনি। কন্যানা হায়জৈ মহাশয় রাশক কাইদনবা ভাম্না চাবিখো ; ভীমনা হায় ইবেম্মা চাক চাফমদি কদোমদা থুনা থোরাং তৌরো ? ঐ য়াম্না লাম্না লাক্লননি। মুত্রা কন্যা মত্তা মথিশিংদা শিন্নরে সথাশিংনা মহাশয় লেংশিল্লসি হায়হুনা ভীমবু ভণ্ডারী লোইশং লোমদা পুসিনখরে। ভীমগী আসন থারে ভামবু ফমহল্লে, ভাণ্ডারীশিংদা চেং হবাই ওম্নু হায়রক্লে। ভাণ্ডারিশিনা চেঙ্গৈদগী চেং হোন্দোক্লম্নগা (তুল) কাটা পানখওুনা চেং ওনবা হৌরকই। ভীমগী মশক উবদা মুংশিবদগী ঙমহলনিংহুনা। খব নৌতক নৌতক ওল্লি। চেংওন্দু উবদা ভীমনা হায়রকই ভান্দারীশা। নখোইগী চেংওন্দু সোইরে চেং লোম্না খব খর হেনহল্লু ; নখোইগী নপোংশু নত্তে পাম্নুবিরুনু ? হোরেন পুক থলনা তৌক্লরনি। চেং মন অমগী মমু দা সের অনি অমিরোম

হেরা ওল্ল ; চেং ওনবদা চেং মমাই কুংনা ওনগনু ? নচা মমাই তেক্লা পোকচনি। ভীমগী য়াহৈ তাবদা ভাণ্ডারিশিংনা হায়, মহাশয় নহাক্না নিংথৌমচা কয়ামুক লাকপশিংদি ; ঐখোই চেংওন্দা খরা য়াংহনবিয়ু হায়রদুনা য়া চংনরিবনি। মহাশয়দি হেনহল্লু হায়রিবদুবু হৌরেন ভমদহুনা ঈশিং হোনবা পামব্রা ? ঐখোইনা মহাশয়বু লুংশিন্থুনা ভমহল্লিংবদগী খর খর নৌহনবনি। ভীম্না হায় এ — মাহু লাক্লে নখোইনা ঐবু লুংশিরবদি খর পৌতক পৌতক ওল্ল ! ঐ পুক খন্না চায়গা মবেম্মসি হোংবিবগে। ভীমগী য়া তাবদা ময়ামচু ভরুহুনা মাসিবু লাইবা মীয়া হায়বা খরখি, চেং হয়াই ওনবা লোইখ্রে। চেংচু পুলপ চনবা পাত্র চেঞ্জামুক অমদা হাপ্লে ; হয়াইনা চেঞ্জামুক অমদা হাপ্লী, চাক থোংনবা পাত্র অমা ইপ্লাং থোংনবা পাত্র অমা ইকজবদা সিজিন্নবা কিয়োনগা লানশিল্লি। ভীম আভরণ হোংদোক্লে চেং হাপ্পা পাত্রহুনা য়েংথংবা পাম্বোমদা য়াম্লিল্লি ; হয়াই অদুনা ওইরোমথংবা পাম্বোমদা য়াল্লে, পাত্র অনিদু খুংরেং ওইনা অময়ম পায়রে ; কিদক অমা লেংবাম্বা য়াল্লগা ইকজবা চংসি ঐগী ইনগদবা নখোওযাংবা নিপা অমা-অনি লাকও হায়দুনা চংখ্রে, নিপা অনি ভীমগী তুংইল্লি ইকজকম তীর্থ যোরে। ভীম তীর্থদা কুমথদুনা চেং হয়াই তাওথোকখিদনবা তপ্পা লুপথরগা জয় গঙ্গা ইমা ঐগী দেহেগী পাপ শেংদোকপীয়ু, লুপচরিয়ে হায়রগা মশা লুপই। কাওগৎপগা বিনেস পাত্র থোংনবা কোফু অনিহুমু ঈশিং থন্না য়াওহল্লগা ঐ যোরম্মগে হায়রগা চেনখ্রে। নিপা অনিহুসু মথৌচু টবদা ভরুহুনা ভুংদা চেল্লকই , ভীম চাক থোংকম শং য়োরক্লে। সথীশিংনা লৈরং মৈ থাগংলে, ভীমদি চাকথোংবগী মথোংসু অমুম থোঞ্জনি হায়বা ভাব তানা হৈত্রি; হৈতে হাযদুনা হজদসু ইকাই , সোইরগা উসিংথিরোইদ্রা অদুসু ইকাই। হংবদদি য়াহং অমা ওইবা হংলগা খওদোক্লগে খন্দুনা হায়রকই , ইবেম্মখোই ভসিগী চাকথোং অসিবু ঐখোইরোমগী চাকথোংদা থোংশিন্না নখোইরোমগী চাকথোংদা থোংজবা ? নখোইনা অপাম্বা অমা হায়যু। সথীশিংনা হায়রকই দাদা ইবুংগো ঐখোইরোমগী মীগীরোমগী হায়বা নাইরমলোইদা ! চাকথোংদি মায়রমগনি নিংডৌ, ভীমনা হায় ইবেম্মা অসোমগীদি ; কমদোনা থোৎডৌ। দাদাবু ঐখোইবোমগীদি কোর্ফুচু ঈশিং খাঙৈওমকম হাপকনি , মহি শাংহল্লগা চেংশুই। পাত্রচু চেডনা খাঙৈও খবা হেঙ্গংলপ শুবগা অমুক্তং ওখাইবগা মথুম খুমজিন্দুনা মৈ চাং নাইনা য়াংলগা শোইহল্লি। শোগংলকপদা অমুক্তং ওংখাইরগা থাংথদুনা মহিবু য়ামলগা খরা চিথোক্লুনা চুপশিলহল্লি। মথুম চেংনা খুমলগা মৈতাম খরা খোত্তোক্লুনা খিল্লগা লৈরং মৈনাক্তা ওম্না ওম্না য়াইহুনা কহল্লি। মহাশয় অদোমগীনা কমদোই।

ভীম্না হায় ঐখোইরোমগীনা নখোইবোমগী মথোং অসিসু মত্তৌনৈ। অদুবু করিগুম্বদা তাম চাহৌরগা চাক অহাও হাওতা নাই , চগা কাবা চেঙচংবা পেংপা নাই চাকও মহাও য়াংলি হায়হনা অয়াম্বনা ত্তৌনদে। মনিন্দা মুনহন্দুনা চাক ওইহল্লি, অহুবু নখোইরোমগী মথোংদা থোংলগে। কন্যাশিংনা থোংনবা পাত্র কয়া লানশিল্লি, ভীম লৈরং তরা পালখত্তুনা অমুক্তা চেঙ মন তরা

ওইহনা কোর্ছ ওয়া শৌরে থাংথরে য়াইশিল্লি। ওয়া অমুক থাগত্তুনা হৱাই মুক মন ৫০হু থোংলে কন্যাশিংমা সমাগী পুখম পুখোল্লুনা লানশিল্লি। চাক্তু করে থাংদোকই ইংখল্লি হৱাই মুল্লে থাংদয়গা মৈতাম্দা য়াইহনা থাও শোক তৌই মুশলা মরোল্লৈ মপাং থুম মোয়োক জুৎচানা থাক্লুনা, মস লোবনচিংবা লোইরে। চাক খিদোকলগা পুলপ লৈবুং অমগুম্না পৈরে, লৈবুঙহুগী মতোন্দা পুখ্রি মচা অমা শেমলগা ইঙ্গাং অহু লোইনা হৈজিল্লি। নিক নিক লাওনা থমলে হৈরুক পাম্না লৈপত্ম য়াওনা বত্তি চমথৎহুনা চাকলুক্তা তুলসি মঞ্জুরী হাপ্লগা শ্রীকৃষ্ণদা লুকৎলে। ভীমনা হায়রকই হুপি-মচাশা নবেম্মা কৌরুবো ? অতগা শাক্তি ওইগদবা মীগু কৌরক্লো ? ঐ চাখিরগে। কন্যাশিং চেন-খিহনা মবেম্মদা, হন্নৎলি, মুত্রানীয়াজা কন্যা থোকলকলে মীয়াম পাও ভাবদা পাত্রমন্ত্রি লোইনা লাকলহনা য়েন্নদবগী পৈরবে। ভীব মখুৎ অনিমক হামলগা আচমন তৌরে হৌগৎলগা। চাকলুক্তু খোঙলম অমা শেমহনা মাংয়েনা পুথরকলে, মতোনগী পুখ্রিহুগী লৈয়াইহু কাত্তোকই। লৈথোঙদা মখুৎ অমিনা লৈচাও অমা ফকই, ফুল চাওনা তাহুনা ত্রোং-ত্রোং চেন্থরকইবা ইঙ্গাংহু লুপহল্লি। জয়কৃষ্ণ য়া কাখৎলগা থোক হুঞ্জিল্লি, গুৎ য়োংলি গ্রুং হায়থখি চাকথাঙদা যুব লাওনা তাথি। মথোল্লু তাবদা ময়াম তাবক থঙভী। অস্নুম্না লোইনা চাখ্রে ভীমগী চাক মচাহু উবদা ভাবকশিংহু হুমাং কাঙেঙ, লোইরবহুমক্তদা পুথমহু মখুৎ অনিনা তকশিন্দুনা শৎ শৎ লেক্তুনা ওক্লিবা মানহল্লি। আচমন তৌথোকলে খুৎশা চিন শেংদোকলে, ভাগুবিশিংনা হৈ-পানা লাক্লিল্লি, ভীম হৈ-পানা চারে। মন্ত্রিনা চৎখিহনা বলি নিংথোদা হন্নৎলি, বলি মহারাজ থুঙঙরে বলি নিংথো উবদা, ভীম্না দণ্ডবননা থুরুম্মী। বলিনা ভীমবু কৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবনি খংহুনা, চিংথত্তুনা চেৎনা কোল্লি। ভীমবু য়েংহনা হায়রকই বৃকোদর ওসি ইচাগী রাশক থুংজরে, ওসিমক ইচাসি নঙোন্দা দান কৎলগনি। বলিগী য়া তারগা ভীমনা হায়রৈ, মহাবাজ মচা ইবেম্মদি হোংবিত্রবগু য়াগনি, ঐ চাক লামন-খ্রহনা চাজরবমি। ঐনা ওশাই নচাইবেম্মদা নংনা থোংবা নখুৎচাবা য়ানবা হান্না হোংদোক্লগা নংনা অহুম থোঙড়ুয়ো হায়জবদা য়াখিদ্রে। হৌজিক্তি ঐ হঙ্গরগে নচা ইবেম্মগী রাশক থুংহল্লু বমিনা; মস্তিকগাবা য়েংহনা থাজবিখ্রে। ভীমগী য়া তারবদা বলি নিংথোনা হায়রকই। কৃষ্ণদাস য়ায়োগম্নু ইচানা জ্ঞান লৈতবী মুপী ওইবনা নগুণ খঙদবননী, নংনা দান লৎনবিগম্নু।

হায়নরিবৈঙদা গুমেধ হম্নুবিহু ভীমগী পাও তারহনা কুজবা য়ারুনী হায়না হরাওজরহনা লৈকাই ইনাক খুনবদগী য়াইজক্লরগা শম ডৌরিবহু পোকহিদাক কৈহনা মুহল্লে। চন্দোন, থাও কৈজরে, শম্বালোং নিংখিনা হাপত্তুনা বেমী লোঞ্জরে। মনাদা গোথুর চিল্লে, মণ্ডক্তা নেক্রেশ, পারিজাং পরেং থোঞ্জিল্লে। মথুক্তা সনা খুদোপ, খুজেংদা সনা খুজি, পাম্বোমদা অনন্ত লৈতেংলে থঘান মচুগী কনেক সেংচিল্লে। ইয়কিন শমজী বেনীহু হায়কেৎ খুমজরগা রুমাল অঙোবা মপালোনবা অমা পাইরহনা মমানবী অমা হোজরগা থুঙরে। বলি রাজাবু খুরুমজৈ ভীমবু য়েংহনা হায়রকই, ইবুঙো য়াইমা ইচাগী কুজবা য়ানবা ইমা লাকচরে ; ওসি হোংদবা য়াদে হায়রক্লে। ভীব হম্নুবীগী

"মতৌম্ভ উবদা তুংশিরবুমা থুরুমমী; ইমা লাকপা ওাইজরমীবনি ইমাগী মথং লৈরবগি হোংজরলে ওসিমক্ত পাংথোকপিনবা লাংথিম্মো? ইমাগী য়াথংসু কংজরে।

বলিনা হায়রকই ইবেন সুমেধা কমদোনা ভীমগী মমাশিজ্ঞ ফওওরিবনো। সুমেধানা হায়জে মহারাজা ঐনা কনাগা লৈজরে; লাইরবীগা ওইরে চানিগাই লৈজদবগা রাম্বথরহনা? ঈশ্বরু থুরুমজরগা তুমজবদা ওসি অডিং ইবেনগী মংদা কুন্তী বৈষ্ণবী লাকপীত্রনা ঐগা ইতা শায়রে ঐগী অরাবা উবদা, ইত্ৰানা ঐগীদি ইচা য়ামই ইতাগীদি অমতা লৈন্দে ঐগী ইচা য়াইমা ভীম থারক্কে। নচা ওইজবো হায়রম্মী অগগা নোংণ্ডানবদা ভীম থুংডরে চানি গাই চেং লৈত্রহনা ইমা ইচা তানবদা ইচাদি চাক পুকথমা চারগা ইমৌংম হোংহৌরসি হায়হনা, ইবেমা শিঙ্গরিবনী। সুমেধাগী রা তাবদা বলি নিংথো মোমোন নোকনা ইবেলগী নপান্দগী কৃষ্ণদাস ভীমবু কংজবনী ইবেন্দ নপুনাস চুম্মা ইচাগা কোমুংদা লৈজরো অম্সুম্মা বাল শিংথৌন' থোজাবী। বলিরাজনা মচা মুদ্রা কন্যাবু ভীমদা বিবাহ দান কংলে। মুদ্রানী ভীমবু সেবা তোং ভীম মুদ্রানীগী জাগদা তুমিং ৪ নি পাল্লে। মঙানিগী নোংঙালকপদা ভীমনা মুদ্রাগী মকমদা হায়রক। পৃয়ে ঐনা লাকপ খোঁওকমস্রি। য়েক্লবনা রডুদা ছ হাপচিন্দুনা পিজরগা হুনা পংথবিডেদা ইথোড ইথুং পুল্লগা যমুনাদা থাদরকপদগী নাগলক য়োকরে। নাগরাজনা মস্থুরপা মুক্তামালা দান পিহ্না। মুক্তামালা নচেমগীদ তুমিং ৩নি লৈরক্লে; নঙ্গীদা তুমিং ৪ নি অমুক পল্লে অংসামদা হমা ইয়াম্বা ইনাও রানরমলগনি ঐ য়ুম য়োরগে ঐথোঙ্গা মত্ত্ৃভূমিনে নংথোয়গী পাতাল লেবাক্কে অন অনি পংনা লোনবা ডমনদে ঐথোয় লাক্কে হায়বগী রারোগনু? নচা ধারা গুণ চেনবা অমা ফংজৌ। নচেম মুক্তামালাগা লম থর নকনৈ, নথোয় অনি শকথংনহনা চান্নৌ। নচেমসু মচা নিপা অমা ফংজরগনা ওসিদি ঐ য়োথবগে নংনা বিদায় পিরে। মুদ্রানী ভীমগী মথোংদা থুরুমজরগা। হিক হিক লাওবা রাহৈনা হায়জরকই প্রাননাথ সতী ধর্ম্ম ওাক্তুনা লৈজগে ননাই লেহৌই হায়বা অসিদনী কাওবিগনু। মতম চাদবা খোংফম ওইখিবনা ননাইনা খামজবা ডমজদরে; লেংবিবো হায়না বিদায় কংল্লে। হিরা মণি রত্ন কয়ামুক মযোম মচা অমা শেমহনা মবুংডোদা কংলে। ভীমগী পদধুলি লৌজে ভীম মুদ্রানী মান বীহনা বর পিবগা থোরক্কে। বলি রাজাগী সভা য়োরকতুনা মকু নিংথৌবু থুরুমহনা বিদায় নিরক্লে বলিনা ভীমবু কোনবী ছন্দেছ কয়ামুক পিজে। ভীমসেন নংদি হস্তিনা য়োবা লম্বা থওডরা? ইকু মহারাজা ঐদি লখী থংজদে, বাসুকী নাগরাজানা তাকপিরকতুনা মসি য়োংরকপনি। অসিদা অমুক হওড় হায়রকই, রাহৈ অসি হায়রগা ভীম নাগলক য়োরকপগী রারম পুম্মক লোইন্না তমুজবে বলিরাজনা হায় বৃকোদর শ্রীকৃষ্ণগী চরণ কাওগনু কৃপাবু কাওগনু, কৃপা লাকনি। হৌজিক্লি হস্তিনা য়োবা ওরুঙ্গি লখী অমমবা অমা লৈ ঐনা থিলহনগে। হৌজিকমক য়োগনি। বলিরাজানা সনা লুপা মনি রত্ন কয়ামরুম মপোং শেমবীরম্বা মনাইশিংদা য়াথং পিরকই পারশা। ভীম অসি হৌজিক

য়োনবা থন্না থিনথিক মতোমদা চৎপদি থঙওরোই। বলিরাজাগী অজ্ঞা কংলবদা কেতুমান কৌবা পাত্র অমনা ভীমবু মজনদা হাপলগা মায়া মন্ত্রগী গুণা গুরুগী লমবাদা হাযগংথিহনা হস্তিনাপা কুত্রিকা ইয়েনগী জোর্ব্বারদা খোংনাং মখোংদা কাওরিবা গুরুংদা পৃথংলকতুনা খোংনাং মখোংদা থাদগা ভীমবু কিলায় জৌবলগা হাইথথিহনা। বলিদা পাও তমজথি। মতাং অসিদা জন্মেজয়না হংঙে মহামুনি? পাতাল লৈবাক্তা লৈহৌরিবা ইবেক্তো অনিহুনা করম করমবা মচা কওথাবগে অমুক্তা তাকপীয়ু। বৈশম্পায়ননা হায় নিংথো নংনা হওকত্রবদি চিথহৌরগদবনি মাহু হায়রমগে ভীমগী ঔরসনা গর্ভ ওইহৌরীবী নবেক্কো অনিহু, নাগ কন্যা মুহীমাল্যানা মচা ইবুঙেভা অমা পোকঈ। মমিংনা মুহিমন্ত কৌই। দৈত্য কৈন্যা মুত্রানীনা মচা নিপা অমা পোকই মমিংনা মুদ্রাশস্ত্র কৌই ভীমগী মচা অহু মপক মতৌ কইঙ মতিক মগুণ য়ামনা চেন্নি। হৌজিক্কি নবুথো ভীমগী অমুক লিয়গে ভীমনা য়েৌরকপসি ঈশিংদা থাদথিবা মুমিত্তগীনা ১৩নিগুবা মুমিংনি শ্রাদ্ধ থোন্নে। হস্তিনাদদি ভীমবু শিথরবনি থমহনা ১৩নি মুবা মুমিং অসিদা ভীমগী শোরাং শোল্লমমী।

শ্রাদ্ধগী সঙ্কীর্ত্তণগী কিবোই থাবা মতমদা কুন্তীমু মচাগী লৈ কোয়রুরগা মচাগি মৈচান্না লৈবা ওমজনহুনা মথা পাংবা য়োজংদা চেঙ্গোঙ্ককহুনা। কপলগা কৌরকই। হে ভীম হে ভীম ইমানা কৌবসিদা অমুক্তা ইচানা থুমজকলবদি ইমাগি অনাবা কোকনিদকো হা ভীম হা ভীম হায়মা খোঙ্গেল য়াংনা কৌরকই। মমানা কৌরকপগী খোঙ্গেলবু মুংশিংনা পুরকহুনা ভীমগী মনাকোঙদা থুঙঙরে। ভীম মমাগী খোঙ্গেল তাবদা হে ঈমা মচা লাকচরে হায়মা থুমহুনা চেল্লকইবহু থুঙঙবগা মামহুনা মমাগী মমাংদা ইমা ঐ য়োজরক্রে হায়হুনা পুন্নরকইবা ময়োম অহু থারগা দণ্ডবত চৈস্থ তাবগুন থুরুমজে। কুন্তী মচাবু উবদা মুংঙাইজথহুনা চেংনা কোল্লগা লাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্পী ইচাদি নহাল মথৈ কদাইদা চৎলুই। ইমা চাক চালবা অহুদা ঐনা চানবা অহুদা ডডু অহুদা হু হাপচিল্লমহুনা হুনা পংর্থহনা লৈরিঙৈহুদা মমাম্মা তুমথনবগী মতমদা। দুর্য্যাধনা ইথোং ঈথুং পুন্দুনা ঈশিংদা থাদবদগী কাওবহুনা নাগলক পাতাল য়োজরুরে। লিনশিন্নি মপান্নগী হিংজহুনা হঞ্জরকপনি অমুমা পভাওা জৌরকপা থবক পুমমক চিথহনা লোয়না ওমমী। কুন্তী পাওহু তাবদা মচাগী মকমদা হায়রকই ভীম লাকম অহু কনাগুমবগী মফমদা হায়য়োকহু; থত্তিমা য়াথোক ওয়রকতুনা ইমা ইচায়াথোয় লৈবদা পুংথায়রবোয় য়েরুবা হেলংলককনি। ওসি অসি ইচা লৈথিদবা ১৩ নি মুমহুনা কোমুংদা ইচাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌরি সঙ্কীর্ত্তণ লোয়হৌরোরে কোরমোনগী চাকলুক থাহুনা চেংপাক কথোক হাম্না লোয়হুনা হন্দেহ তাহৌরি। ঈচাদি কোলা পাম্বনা ইচাগী শোরাংকী ফোলামিকো মমামা চাগদৌরিবসে থল্লুবদা ঈমা লৈবা ওমজহমা থোয়রুগা নংবু কৌহুনা কপলমঈবনি।

ফোলাগী পাও তাবদা ভীম মমাদা সনা মণিরত্নহু শিন্নরম্নগা, ইমা এ কোলা চাকথিগে হায়রম্নগা মাওবতা চেলিম্নে। ভীমনা লাওরকই ঐগী শোরাংকি ফোলাদি মী অমতা চাবা য়ায়োই, তাওারি ওয়াশিংনা চাকলুক্তা য়েঙ্গোউরিবা চেংপাকবোতু, পুসিল্লো। লাইখুদেং অচোবদা হাপচিল্ অহুগা

শজোম থৈজিন্দুনা পোগনবা তিংঙো. ঐ পালাশিং অহন লমনম্ব উনরুখিখে। ভাণ্ডারিশিংদা ব্রাহ্মণ অসি ব্রাওরমলগ, সঙ্কীর্ত্তন মকমদা চঙখীহনা সঙ্কীর্ত্তন ভক্তি পূজা কৎলগা! ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহনি লমন থুরুমজখি। ধৃতরাষ্ট্রগী মাংদা চংঙকুনা পাবুংহন মহারাজা নচা ভীম লাকচরে, পাবুংহনগী চরন্দা নচা থুরুমজরি হায়রহনা দণ্ডবত তাহনা থুরুমই, ধৃতরাষ্ট্রনা ভীমবু কোয়গা হংঙকই, যাইমা চটা লৌখিদবা হুমিং শুরহনা ইপানদি ইচাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লাংই। ইচাদি মহাক্ষ থেংথে কনাইদা চংলুই, কনাইদা লৈরুই ইপাদা শেংনা তম্মু। নংগী নতৌসি ইপাবু উরক্লে, নংনা চেংলুবা লৈরবগী, পাণ্ড লোয়না থংলিংই। ভীমনা হায়রজে, পাবুং মহারাজা নচা ভীম শিরুরে, হৌজিক যম লৈবাকগী লাকপনি; ধৃতরাষ্ট্রনা হায় কমদৌনা শিরুই কমদৌনা হিংচুনা হন্নকই হায়রু। ভীমনা হায় পাবুং ঐখোইগী কাংবু অসিগী মতুংদা ঐবু শিহনলিংবা থরা য়াওরে; অদুদা শিবিরগা যমুনাদা তাওহনা চংপদা সমুদ্রদা তারে। সমুদ্রদগী বৈতরনি অমুক তারে, অদুম তাওথনা যমগী হিদেনদা কাখৎলগা যমগী সভাদা চংহনা ধর্ম্মরাজাদা থুরুমহনা হায়জরে। ঐবু শিহনা চাদ থর্কনা ১২ নি চুপ্পা ঈশিংদা তাওহনা লাকপগী লাম্না নহাক্কী যমপুরদা লৈবা উম্মোইদৌরে। চাক থোংভত্রিডৈদা কোলা থজিক্তা পিজৌ হায়না নিববু যমনা হায়! ভীম নংবু চাক থাকপা তমলোই ঐদি লাইরৈ চেং লৈজদে কোলাগী মপোং লৈজদে, নংগীদমক নপন মহারাজানা ওসি হস্তিনাদা শরাং শোন্নে। ইচাদি কোলা পাম্বনি হায়রহনা কোলা মন য়াম্না লাংঙে, মাহ চারুরো ঐগী যমপুরদা লৈবিনু মতুংদসু নংদি মীনা হাংপদসু হ পিজরদসু শিরনু হায়না যম পিরে। ঐ অসুম লৈজরগে হায়রবা য়াত্রহনা, পাবুংহন্না লাংখিরীবা কোলা অসি চাবা নংনথা চেজররক্র-বনি। ননাই এগী শোরাংকি কোলা অসি নচা লোইনা কংজরগে; ভীমগী পাওদম অসি তাবদা ধৃতরাষ্ট্র ভকাথ। ভীমদা কোলা চারুয়ো হায়না য়াথং পিথরে, শোরাং ঈশে লোয়শিনখ্রে। ভীমহু ভাণ্ডারিরোমদা চংখিহনা পুজারি ব্রাহ্মণশিংবু তোংহন্‌গা, কোলাহ লোইনা চারগা মচিন মনাওশিংগা হুংডাইনা মযুমদা হনখ্রে। ভীমগী য়াডাং তাবদা ভীষ্মনচিংবা জ্ঞান লৈবা অহন লমনশিংনা দুর্য্যধন, শোকনিনা তায়রহনা ভীমবু হ পিজরগা। যমুনাদা থাদখিবা ওইরমলনি। কৃপা অমদগী হিংলক্লবনি হায়না থরখিবনি, শৌকনি দুর্য্যধন দুসাশননা, ভীমবু কিবদগী করি ওইবরগবা হায়না থরখি। হস্তিনাগী প্রজানা ভীম হন্নকপদা নুংডাইনখি, পাণ্ডব মণ্ডা মমা কুন্তীনা য়াঁদবা থবক মতুংদা তৌখিদে। অসিগুম্বা আদিপর্ব্বগী কথা অসি মীওইবনা তাজবদা মুক্তী ফংই, অমৃতগী ইচেলগুমলবা বেদব্যাসনা লেংখ্রবা পুরাণগী রারীবু; ব্যাসবু থুরুমজহনা মৈতৈ ইমালোন্দা সাহিত্য সেবা পাম্মজবগীদমক ইথমি, অশোয়বা কয়া ভাকপিগনি ইতি। শ্রী৺ওমর সিংহনা থুরুমজে। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

---

## অধ্যায় ঃ—

## ভীমনা শোকনি লাক্লবা অমসুং মহাদেবনা নোংমা নংবা—
## বাবী মতাং।

মৈলিষ্য কোষা বন্দা পুরাণ তারিবা শৌনকমচিংবা ব্রাহ্মণ ময়ামনা হংওকই ? হে-উগ্রশ্রবা সৌতি চাষা মভাগী য়ারী অসি তাবদা নুংঙাই, মথাদা ভীমনা করি তৌরকইবগে লীয়ো। সৌতিনা হায়খে তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা মহাভারত লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়, তারো রাজা জন্মেজয়। মুমিং অতুগী অহিং লেন্দূনা লোং ভাল্লবদা ভীম অহু ভত্তা হোগংতুনা হকচাং শে দোক্লগা, গদা পায়দুনা থোক্লকপনা হৈ খিগদবগী বন্দা লাকই, অহানবদা হৈগ্রি য়াম্না পাল্লবা পাম্বী অমা থেংনরে। ভীমনা খল্লি ঙসিদি য়ামা শৌকনি লাক্লরগে খল্লকুনা হৈগ্রী পাম্বীহ পায়রগা নিকপদা লোইনা কেল্লে। লোইনা থোমলগা পৈখদা মন ভরামুক ওইগনি, ভীমনা মহাদেববু নিংশিংই, হে—পতালগী ভৈরব প্রভু, ননাইনা থবক হৌজরগে প্রসিদ্ধ ওইহনবিয়ু। মহাদেবহ অয়ুকী দুর্গানা গঙ্গা সেমদুনা লানশিনবা মতম থোকই ; ভীমনা হৈগ্রী য়োংপা হৌরক্লে। মহাদেব গঙ্গা চি বা নংগ্রহনাহায় দেবী অথুবা থবক অমা লাক্লে। থকপা য়ারোইদোরে তিকি লোথোকনগা থম্মু হায়রমলগা সদাসিবা কম্বা য়াগ্রহনা য়াম্না থুনা হস্তিনাদা আবির্ভূত ওইরকই। ভীমনা য়োংলিবা হৈগ্রীহ উহন্দনা পুথোকখিহনা কোঙ্গুংলোমদা চেল্লি শৌকনিগী গর্ভদা থোক থোক হৈজিনলুই। শৌকনি মবুক ক্ষংথংপা লেংবা হৌখ্রে ইমাকশা মামমহ মঙং অমা তৌরে কম থাও, মৈ হোগংলু মাইবা কৌক্ল। শৌকনি পুক কংথংলদুনা লেংবনা খাঙবা ঙমদরে হায়রগা হুযাং কাংহনা থরো থরো ওল্লে। মাতীহ উবদা দুর্যোধন কম থাহনা, শৌকনি থাংজিন্দূনা হিপহল্লে। দুশাসন খিক্লে, মাইবা হায়রকই দুশাসন মাইবা লোইশংদা চেল্লকুনা, মাইবা কৌরুই। মাইবা কৌরকুনা থুম থাঙ লোইহনবগা, হিদাক পিথকপগা, শোনবগা, কাখগা, তোংনবদা ভীমনদি অহুম য়োংশিল্লক, শিবনদি অমুম হোগ্রিল্লক, শৌকনিগী মবুক্ত জয় জয় কংখংলি। শৌকনিগী লাইনা অসি নেমহনবা ঙমগ্রহনা। নিংথৌ মকারাণী অহন লমন পুন্নমক থম্মহনা লোইশংগী মাইবা মাইশীনা ঙমক্ত বদা, থুল্লাক্তি অহৈ অশিং কাওবা খিহনা কৌমরে। (অর্চ্চা পুজা) থৌ তৌবা চবান থাবা (যজ্ঞ হোম) মৈদা ইবাংপা কম্বা হোংখবমমু য়াত্রে। ভীম হৈগ্রী য়োংপা লোয়রহনা, মরখাইগী হৈ পাম্বাই খিহনা অমুক চাথে। যমুনাগী থোংবাল অমুক থুংঙরে, ভীমনা হে - প্রভু হৈগ্রী অমুক থাদোকপিগ্রো, অশিং অমুক ইথৈ থাজিনলসি।

*মহাদেব শৌকনিগী গর্ভদা চংখিহনা অমুক ইহোল্লকপনি, ভাঙ্গা অহুক্তা শৌকনি লেংবদগী, য়েংকপা অমা হাপকংলক্লে। দুর্য্যধন মামাবু য়েংকপমসু খাংবা ঙমক্তে মসুংঅচৌবা চংনিংলে, লেংবসু ঙমক্তে কমদৌনি মামা লোয় লৈক্তে অহুম হেক্তা। দুসাশন মাইথল মাইথল মীয়াম মপান্দা থৌমাং তৌই।

শৌকনি শিনিংবিং খুরখুদকহুন্নি, দুর্যাধনা শৌকনিবু কোল্লী, ছলাশম্না পাত্র পুশিন্নি শিবনা হৈগ্রি ভকথোক্লকপহু, কল কল হন্থোকলক্লে লোইবাক্তা শৌকনি ভপতাখ্রে, ছলাশম্না হৈগ্রিনি হৈগ্রিনি লাওই, মলাম চেনশিল্লুনো নেৎনৈ, অনবান্ন মন ১০ শুরে, খাওদা হাঞ্জিন্দুনা থম্মী মীরাম ওক্লরে। অসোমদা ভীম যমুনাদা কুমথহুনা ঈশিংহু মচিন্না গর্গ চিঙভী, মহাদেবনা ইথৈ পুথিহুনা শৌকনিগী গর্ভদা থাজিন্নি, শৌকনি জর জর কংখংলি হুমাং কাংভী হুমাই হুমাই চন্দোন চন্দোন মী পুম্নমক? পোথানদনা হোংনৈ। ভীম অমুক কাখংলকই লৈরাইথক্তা নাবক্তা, লেপপ্তম অমা ঈশিং চাওবদা তাওথরকপগী পন্দুনা লৈরম্মী। খুৎনা লোখৎতুনা পাইরে মহাদেববু নিংশিঙিহ, ঈশিং অমুক থাদোক-পীগ্নো লেপপ্তম অসি অমুক থম্বীক, শিব শৌকনিগী গর্ভগী ঈশিংহু অমুক ইরম ফাংথরকই? শৌকনি অমুক রেক্লে। হন্দক্না মওং অমনি খুদেং ২ জর জর হাথরক্লে খুদেদেগী কছোকহুনা তেকচাওবা হৈজিনববু, তেকচাও ১০ থক থল্লে। ঈশিং পুথোকপা লোইরহুনা ভীমগী নাক্তা অমুক চেনখ্রে ভীম্না জয় শিব লেপপ্তমহু ময়াদা থোক হুজিন্নি, শম্ভুনা ভাপ ওক্লগা পুথিহুনা, শৌকনিগী গর্ভদা থাদক্লরে। শৌকনি অমুক হম্না, মবুক কংখৎহুনা লেংখ্রে, ময়াম্না হুমাই হুম্বগা, লবাইদা ঈশিং হৈবগা, চন্দোন চাইবগা, শোনবগা, কাম্বগা; হোংনৈ। ভীমসু নুমিৎ যুঙহুনা মযুমদা হজিল্লকই, যুধিষ্ঠীরগা মনাও শিদা শৌকনি অনাবা কনিল্লে পাণ্ডাবদগী চেলথংখিহুনা, অনাবা সেবা য়াওহুনা লৈখ্রে। কুন্তীসু চাক লোইরগা মচাশিঙ ভাইহুনা লৈরি, ভীম খুঙরে কুন্তীনা হায় ভীম মংবু শৌকনিগী অনাবা চংনুরবা? ঐদি বন্দা হৈথিবা চংনুই ঈমা মামা নাই হায়বা থংজদ্রি, মামাবু করি লাইনাদা নাই হায়বগে। বৃকোদর হৌজিক কাওবা লাইথাই তাদ্রিবাল্লে, নুমিং মুংবা মতুংদা অনাবা হন্নবদি, লাক্লবা য়ায়রোই হায়মরি মাল্লে মংঙ নক্কামা খুঙভাইখিরোই চাক চারগা ওহাক য়ৌরু, ভীমনা হায়রে ইমা মামাবু থোংহান্দদা হৈগ্রিকা য়াও লাকই হায়বা তাবিদ্রা? য়াইমা ইপাহবু থরা থাওবদা নত্তনা, হৈগ্রী অনংবা মন ভরামুক হাম্মী হায়নৈ, ভীমনা এঃ ইমা মাবা শিরোই। লাইনাসি খুনা য়ৌরক্লদা পাতালদা থেংনজরক্লে, ঐ লায়েংহু তমজরকই মাবা করি, নুংশা খিবিরুগহু। অঙ্গুলি ভীম চাক চারম্মু ইমা অবুক্তা য়োক্লখিগে, ভীম চাক চাহৌই কুন্তী চংখিহুনা গন্ধারী থুক্লম্মী। ইদে ইবেম্মা ইপাবু কমদৌরিবগে চংবা য়ারোইদবা? এঃ কুন্তী ইনাওদি চঙহু মুপী বহা চংবা কয়া খুঙভাইতবনি। ইচেমদি লাইবক খিদা ইপা ১০০ লৈববু ১১৩ মীশি চাদনা শিথরে, অস্নিমত্তা হিংহৌবসি ওথোকপা লাইনাদা শিগদৌরি। কুন্তীনা হায়জে পাটেশ্বরী, ভীমহু মারোবদগী চথোকচবা হজিক্তা হজিনহৌরি, অনাবগী পাও তাবদা মানা হন্নক চংনুবা খোংকম্বা লাইনাসি থেঙনরক্লুনা তমজরকমাল্লে, শিরোই হায়রি। মাহু তাবদা গন্ধারীনা এ অহুদি ইচা মাইমা কৌক, ভীমবু য়েংহনগা ইপা কবা ওইরনি। য়াণীগী য়া তাররবদা রাজাপাত্র অমা চংখি; কুন্তীসু গন্ধারী থুক্লম্মী ননাও হজরগে, ইবেম্মা হল্লো ভীম থর থুনা থারকউ। কুন্তীসু য়ুমদা হল্লক্লে ভীম কৌবা নিপাহসু খুঙরে, ভীম চাক তোকুনা শোথারম্মী ভীমবু লাকইবা অঙম্বা নিপাহুনা রানীগী য়াথং পাউনা কৌররে। ভীমনা হায়

য়ৌবিরম্মো ইপু ইমাবোক মহারাণীদা তবীরম্মু, মামা শোইদনা কগনি হৌজিকমক হুংশা কল্লি মামাদা কয়া পাত্তোই হুমিদাংয়াইরম লাকচগে। কমনাইবা হনখিহুনা শিংথো মহারানীদা পাও ইনখি, অসোমদা ভীমবু ঙাইহুনা লৈনরে। পাতালগী মপু ভৈরব মহাদেবন্থ দেবীগা লুক হৌবা লোইরগদা, লুক হাবিবা য়াগনি হনংলুবদা ! মহাদেহনা হায় দেবী ঙসিদি ভীমগা ঐগা থবক লোইনখ্রি। ওবাক লৈতনা কোক তুবা ওমলোই ঐ চাক চাবা য়াহ্নি, দুর্গানা হায়জৈ কয়ি থবক তৌবিয়িবা প্রভু ? পুন্নে ঙসি অসি ভীমগী থবক শুরি। মনাক্তা নংনবা চেন্দুনা মাল অমুক হোললুই, শৌকনিগী মবুক্তা অমুক থম অমুকসু মপান্দা পুথোক, হোন্দোক হোক্তিমগা পুথোক পুশিনগা ঐবু তপ ভারে। শোকনিসু মাইবা মথৈনা য়ারয়োঙ্গ মপান থৌরাং লোয়রো হায়নবে. শৌকনিগী অমাং অশোয় ঈশম শয়রেদা দুর্গা। ভামনা পুং কয়াদা থাগদৌরিবা হাক্তিয়ানা থবে, দুর্গানা হায়বকঈ, প্রভুগীসি অমৃত লৌগোকউবগী দোমন্তি থনা পাল্লেদনা। হোঙ্গ দেবী চেং পুরা চেং শিং হায়বহ তারে॥ অসোমদা ভীমন্থ মমা ধুকমলগা চংখ্রে লম্বা ময়াদা নাপ চাবা লাই, নুং অমা খিন্দুনা লৈরম্মী ভীমনা পাইথংলে, হে-প্রভু ঙসাইগী লেপশুমহু লোথোকপিখ্রো। নুংহুম অসি অমূক থম্মীরুরো হায়রকই, মহাদেব চেললকই শোকনীগী মবুক্তগী লেপশুমহু অমুক ইম্মুরকলে, শৌকনি য়েকপনা থাডবা ঙমগ্রহুনা দুর্যাধন মামা য়েকপা হৌরকলে, ঙশাইপা হন্দক্তা মায়দে মামা য়াবয়োই। মামা ঙহাক্তা থাংবিয়ু খোকলকলগনি অদুগা পোথারগনি হায়রিউেদা, মহাদেবনা ইল্লকপদা মনিং শুপলপ তৌবনা মাং থাহুনা খোকলকপদা মমাই ফলপ তৌবনা থোঙজিন্দা পন্দুনা লৈরে। দুসাশননা এ থোক্লক্লে লেপশুম্নি ময়াঙ্গ অচেংবদা পন্দুনা লৈরে, দুর্য্যধননা হায় থৌরি হুকলগ থুনা চিংথোকউ। দুশাসননা থৌরি হুকলে মনাওশিংনা শোকনিগী হুকচাং পায়রগা মনিং মমাং চিংনবে, লেশুম লোথোকপগী নৈনবদা শোকনি মশা চোকথখে। অসোমদা ভীমনা নুংহুম অহু য়া কাথোকলগা হুক্তিল্লকপদা। মহাদেবনা থৌরিদগী ওক্তুনা পুথপা শৌকনিগী মবুক্তা থমথরে।

অমুক মবুক্ত থনগংথরে হন্দক্তি নুংনিনা লুম্বনা শোকনি লেং হায়বা ওমদরে, শোর শদৌ খোংলে মাইবাশিংনা হন্দক্তি মলোইয়নি, শঙ পালথংলো হায়রকলে। ভীম থয় চংলগা শামু থুয়োগী য়োংহিলঙ অমা তারম্মী; মাহু অমুক লৌথংলে জয় শিব অমুক য়োঙলে, শঙ্করনা পুখিহুনা নুংহুমহু টম্মুরকলগা, য়োংহিলঙহু হাপচিনবিরে। নুংদ, থোরকপদগীদি পোথাকম থংদরে য়োংহিলঙনা অমুক লৈরবনিমা মপালগী থৌরাং লোইনরে। কপনবগা লাওনবগা কোম্নুং মগুংদ পুমনিন নিল্লে, তাঞ্জা অদদা ভীম থুডতরে ভীম লাকলবদা দুর্যাধনা ! ইবুঙেডা য়াইমা মামা অনাবা লোইক্তে য়াওয়োই-মাল্লে মামবু কনবা য়াগদবা কয়ি উপায় লৈরিবগে অমুক্তা য়েংবিয়ু ? দাদা ইবুঙেডা মামা শোইরোজ্জী অমুক্তা কয়া লাওবা থাম্বীথো, ঐ মামাবু কনগনি। দুসাশন মাইবগী ফিদা দুসাসনা থাঙ্গবগী ফিদা শেমথরে, ভীমনা হায়রকঈ মাইবা ওঝাশিংবু ঐ অমুক্তা য়েংজগে ঈবুঙেক্তা য়াইমা য়েংবিয়ু ঐথোইদি থুং থারবনি। ভীম চংহুনা য়েংই মাইবা হৈথয়বোইরে হায়না কিহলগেথলুনা তাপ তাপ পাইহুনা শৌকনিগী

মপা অহু মকম খুদিংগী থেংতুননা, য়োলগা খোরক্লুনা কয়ে, ভীমগী য়া অাগবগী মীয়াম পুন্নমক তুমিন্না লৈনৈ। ভীম্না হায়রকই ওঝাশিং মামাগী অমাবশিবু করি লাইনানি হায়না লেপ্লবিরিবনো? মাইবা অহনশিংনা হায় ইবুঙ্গো য়াইমা লাইনাসি ঐখোই লেপ্পা ঙমদ্রে। মিহুনগী মরোন্দদি মাইবগী হোৎনগদবা মতম লৈত্রম্না খুৎথারবনি। ইবুঙ্গো য়াইমগী য়াদা ঙাইহুনা লৈনরিবনি, মশেল ইবুঙ্গোগী মুঙঙাইনবা লাইরিক তাবা য়ারগনি। গন্ধারানা হায়রকই য়াইমা ইচাগী থুক্তবু কমদৌরিবগে? অঙ্গা মামাগী লাইনাসি অনৌবা লাইনানি; ওঝাশিংনা ভাব তাবা ঙম্নত্রবনি; মামাগী হকচাংসি থরদি চোকথরে। অহুবু মামাদি উতুপ্না থারবসু শিরোই, ব্রহ্ম লেংঙ্গি লাকপা লাকপা মান্দূ পুথোকপা হৈত্তুনা হকচাং নৈথেকথিবদগী পুমথিং খিত্তুনা চোকথিবনি। হৌজিক মামাগী পূজা লৈরিবসি শামু খুরৌ য়োংহ্লিংনি; ঐ লৌথোকে মামাগী লাইনা অসি ঐনা হন্দক চচ্চকদগা থেংনরকই, অসোমদা দুর্মতি ড়োগ কোই। ঐখোইরোমদনা জজল লাইরৈ হায়বহুনি। হৈগ্রিনা অহানবদা লাকইনি, মথংদা ঈশিং, অদুদগী লেপগুম, মথংদা মুংহুম, হন্দক্লা শামুখুরো লাক্লবনি; ঐ শোলগে থোক্লকনি। য়াসি হায়রগা শৌকনিগী লয়াইদা হায় মামাগী পুক্তা লৈরিবা শামু খুরৌ নং। ভীমগী য়াথংনি হৌজিকমক মপান্দা থোকখরো। য়াসি হায়রগা গোয়া ভুত নাথ লৌথোকপিখ্রো হায়রগা কাম্মী; মহাদেবনা য়োংহ্লিৎ মচিন পাইহুনা থাগী থোং লোমদা চিংহুনা থোকখ্রে। দুশাসন্না থোক্লক্রে মান্নি শামু খুরৌগী শৃঙ্খলানি, ভীমনা দুশাসন শোকউরু লোইথিশনু, শিবনা লোইনা চিংথোকপিরগা শৃং শৃং থাদবিরে। মীয়াম পুন্নমক ভীমবু লাইনি লাইনি হায়নৈ, দুর্য্যাধননা ইবুঙ্গো য়াইমা করম্বা পূজা কৎলগা মামা ফগদগে হায়য়ু? ভীম্না দাদ ইবুঙ্গো হৈরুক অমা পানা অম্না বত্তি অমা লৈ তুলসী পত্র থয়া, কোলমোল তেকচাও অহুমলোম লাওগা। বাহির উত্থান মপানগী বন্দা কুরুমহুনা লাই তাইনরুরগা কোকনি।

দুর্য্যাধন খুদক অহুদা মশোৎ লাংবা লোইহুনা, মনাও তরাগা ভীমদা শিন্নরে; ভীম মনাও শিজা লোইননা বন্দা থোকথে। শিববু নিংশিঙডৌ প্রভু ঙসিগী অসুম লোইরসি, স্নান তৌরগা লেংবিরকউ ফোলা অসি কংবিরো। মহাদেবা অসোমদা দুর্গা ঈশিং অশাবা পুরক্লো, থবক থারগা লুক্ষবা য়ারনি, দুর্গানা থোগন্নুনা সদাসিব কোকন্নু তুমহুনা স্নান ক্রিয়া লাংথরে। ভীমগী নাও অমুক থুঙরে, ভীম মকম অহুদা য়াই থয়া তৈথোকহল্লে, হৈরুক পানা থারে ফোলা তোংলা লোইরে পত্র থাদরে বত্তি চমথংলে শ্রীকৃষ্ণদা কৎলে। ইনাওশা কি খল্লো নমাই ওম্লোকউ মমিং চেংম উইশিন্নু লাইনা ফোলা চাবা তাও; উইহেদে য়েংঙুরবদি নখোইদা তেকশিল হজিলগনি। মনাওশি কি খল্লে মমাই ওম্লোক্লুনা মমিং উইশিন্নি; ভীমনা হায়জরকই হে — দেব দেব মনাই মা ফজনবিরো হায়না খুরুম্মী। মহাদেব মাংদা লেপ্পরে হায় ভীম, প্রভু খুরুম্মী, মাশিঙবা থবক মতুংদা অমুকহন্না তৌরম্নুসি; ঙসি ঐ হুমাং কাওডে নজি মামান্নু ফজরসনু, ঐদি ঙসিগী চয়া হো বনি ফোলা অসি ঐ কাথ্রগে। প্রভু ঐনা কৃষ্ণদা কৎচবদা মনমদমক লৌবিথি ঐবু ফংজরো থগীরম

প্রভুন্ন মনম লৌরগা পেনবিরো, প্রসাদ অসি ঐ কংজগে। মহাদেব পেল্লহুনা কৃষ্ণদাস নংনা কংপা নির্মৈলা লৈপত্রসি ঐ লৌখ্রগে; কোলানা নং কংজহোরো। রাসী হায়রগা লৈপত্র লৌহুনা মনম লৌরগা জটাদা থেংখ্রে; মহাদেব অন্তর্ধান ওইখি। ভীম কোলা চাবা লোইখ্রে, ভীমনা কোলা চিংখৎপগী মখোল তাবদা এ — লাইনা কোলা চারে। হাওরমাল্লে দাদা রাইমনা য়োৎপগী পুক শুরু শুরু থোংলে; ভীম খুৎশা চিন শেংদোকুনা খুবাক অহুমক খুরগা ইমাওশা ফি পোথোক্লো লাই চাবা লোইহুনা চৎখে। মনাওশিং ফি লৌথোকুনা য়েংববু মরু অমা কাওবা পকহন্নমদে; দাদা রাইবা কোলাসি সিৎ নাম্না চাখে; মামাগী অনাবা শেঙ্গদবোইনা?

ইনাওশা লাইমা হাকথেংননা লৌরবনি, অনাবা করগনি, দাদা রায়মা কোলাদি ময়েক শেংব্রা? ইনাওশা লাইনা চাববু ঐডোল্দা ময়েক হংইবা? করিগীনো। দাদা রায়মগী গুণা লৈমনবহুদা কোলা চাবা লাই ওইরবোই নিংজরুরিবা অসুন্না মমাওশিংগা প্রহেল্লি তৌনরগা হজিল্লকই। মহাদেববু নিংশিঙ্গগা মামা জ্ঞান তারো, ভীমগী রাথংনি হৌজিকমক কল্লো হোগংলো, হায়না লরাইদা কান্নকই। শিবগী কৃপানা শৌকনি জ্ঞান লাকুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ ঐ জ্ঞান মাংলুরমাল্লে হায়রগা হোগংহুনা কমলে। দুর্য্যধন মামাগী পুক অসি থবং তংখরে, চাক চখোম অনি-মরিদা য়োৎখিগে। অহুগা কোন্না রারী শানসি দুর্য্যধননা চাক পুশিল্লি, মামা ইল্লুরা? শৌকনিনা ইবুংডো মামা খুংনা চাবা তন্নি, শৌকনি চাক চান্নগা থম্ন কঙ্করে। শৌকনিনা হায় দুর্য্যধন ভীমগী দক্ষিনা, দুর্য্যধন্না দক্ষিনা কংলি শৌকনিনা ইবুংঙো য়ায়মা মামাবু নংনা পোকপি রবনি দক্ষিমাসিনদি মতিক চাদে, সুংঙাইমিন্নসি তৌবনি রারোগন্ন, ভীমনা মামা ঐ দক্ষিনা লৌজরোই হৈ পানা খন্না লৌরগা চারে। নিংথৌ মহারাণী অহন লমম খুরুম্নগা চংখ্রে। হস্তিনাগী মীরাম পুন্নমক ভীমবু লাইগুম্না নিংনখি শ্রীব্যাসনা লেংখ্রবা মহাভারত অসিবু তাজবদা মীওইবনা অরান পদবীবু কংই, মাসিবু ব্যাস বাক্যনি ইতি।

হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

মতাং অসিদা শ্রী৺ভাসেম্নম ওমর সিংহ রারীলিব। পণ্ডিতনা ইবীরম্বা শরুক লোইজরে।

———

## অধ্যায়:--

## গন্ধারী রাণীনা হামেং ওনবগী রারী অমসুং ভীম্বু পুন্সিগী—

### শাপ তৌরোই বাশকপা মতাং।

অধ্যায় অসিদগী শ্রী৺লাকোল্লাকপম মনি সিংহ ব্যতিব ভুষন পণ্ডিতকি ইবীরম্বা রারী শৈমেং হোজরে।

সৌতিনা হায়রৈ তাবিয়ু ব্রহ্মসভা; মহাভারত জিন্নিবা বৈশম্পায়ন্না হায় নিংথৌ নোংবা নযুথো ভীম অসি অয়ুক ওন্তা গদা অমা পায়রগা কোলুংলোম্নদা লাকই। দুর্য্যধন মচিন মনাও চান্নগা

শোকনিগা মপুং কাংজেবুদা থোক্তুনা সুংশা য়াইহনা শান্নগদবগী লৈরম্মী। ভীম চঙ্ডতুনা শোকনিবু থুকম্মী, ভীমবু উবদা দুর্য্যধননা কৌরকই ইবুঙো য়াইমা ইনাও লাকপসি হুঙডাইরেদা, শান্নবসি ইনাও য়াওরগা সুংঙাই। ঙসিদি মামাসু য়াওয়ে, করম্বা মশান্নদা শান্নন্নিগে হায়রু। দুর্য্যধনগী য়া ভারবদা ভীম্না য়াথল তৌরকই; মামা শোকনি অসি ঐবু কিবরা কিজ্রীবরা য়েঙে। করম্না চাংয়েংশিগে খন্দুনা কোইনা য়েঙভ্ৰদা ধৃতরাষ্ট্রগী খুরুমযন যনবী অরাংবীসু চেকপন মখোংদা কুন্দুনা লৈরম্মী অদু উবদা মাসিদগী হৌরগে থল্লহনা ভীমনা হায়রকই। দাদা ইবুঙো ইনাওশা চেকপল মখোংদা কৈ চাওরবা অমা কুন্দুনা লৈরে, ঙসাইমখে ময়াম উনক্রিত্রা? ওস্তোক্লা চাওরেদা মাসি মী শোক্লরণি! দুর্য্যধননা কদাইদা য়াইমা ভীমনা দাদাবু তোজঙ্গি মখাথংবা চেকপল মখাংদা কুন্নে, ঐথোইগী যোগেশ্বর মহাদেব খুরুম্বা লাকপদগী নো ঙানবনা হানথ্রহন। লৈরমাল্লে। ইনাওশা নখোইসু য়েঙভু দুর্য্যধননা য়াইমা অসিদ পাবুং মহারাজগী কুরুমযন যনবীহনি কৈ নত্তে, ভীমনা কৈনি চাওরেদা চাম্মনা যনবীনি য়েংনৈ। চাম্মগা ভীমগা কৈনি যণনী যণনি কেনি চিন্দান্নহনা থংনরকই, শোকনিদি ভীম অসি মী য়েনননিংঙতুনা চক্রি হৌবক্লবনি। মাসিগা মান্নক্লরিবা ইমাক চাম্মসি পডিঙদা চৈ চারনি খঙহনা কিবদগী লাপ্পা হন্দোক্তুনা তুমিন কমহনা লৈরে। ভীমনা চাম্মদা হায়রকই ঙাইখো নখোইনা ময়ামনি, ঐগীনা ইতোমদনি হায়হনা য়েংপসি ঐ চিন্দান্নবা তল্লী, তল্লিগীসি মামাদা য়াকংলগা বিচার তৌহল্লসি। মামানা যণনি হায়রবা নখোইনা ঐতোন্দা গদানা নময়াংদা অমুক অমুক মীশিংঙুনবা চামরক য়েবা। মামানা কৈনি হায়রবা ঐনা নখোইগী নময়াংদা গদানা অমুক অমুক য়েবা! যণ ওইসমু কৈ ওইসমু মামানা হায়বকপহনা অচুম্বা ওইমহনা য়েনন্নসি কমদোই। দুর্য্যধনহু খল্লি ঙসিদি ভীম চৈ চাও হায়বা তুমিং ঙরমাল্লেদো নিংহনা হায়। করে য়াইমা মামানা অসিবু কৈনি হায়রদি, হে — সত্য এথোই চাম্মবু য়েয়ু চৈ খাঙ্গনি। ভীমনা ভালো মাসিবু মামানা যণনি হায়রবা! সত্তানা সাক্ষি ঐ চৈনা খাংহনা কমগনি য়েজো, য়া অসি লেপ্পহনা শোকনিগী নাক্তা চংনরক্লে। শোকনিহু হরি হরি ঙসিগীসি দমা অপাইবানি করি ওইরগবা খল্লি, দুর্য্যধননা মামা চেকপম মখোংদা কুল্লিবা যণবী অসিবু ভীমনা কৈনি হায়রি, কৈরা যণলা অমুক্তা হায়বীরু। ভীমনা অমুক হায় মামা কুল্লিবা কৈ অসিবু মখোই মন্নাম্না যণবীনি হায়জিল্লে। অদুগী য়াকংচরি। অমগীসু অমগীসু মাই য়েংবিদনা ধর্ম্ম বিচার তৌবিহনা অমুক্তা চুম্না হায়বিয়ু হায়রম্নগা শোকনিরোমদা ওনশিন্দুনা গদাহু শিং শিং নান্দুনা লেরে। শোকনিনা হায় ইমাকশা মামা অমুক্তা য়েঙখীগে; মামানা য়েংলগা খজনি হায়বগা হৌগত্তুনা য়েংসিন্নরে। শোকনিনা খল্লি অচুম্বা হায়রে ভীমনা চৈ চাবা, অরানবা হায়রে চাম্মনা চৈ চাবা, চাম্মদি চৈ অমুমুক্তনি, ভীমদি চৈ চাম্মনি অদুগী দায়িদি ঐতোন্দা থৈরনি। ঐ মপাল থোকপা য়ারোই মানা লুমহনা লৈরমগনি? ইমাক চাম্মদি চৈ অমুক্তনিনা কাওখিবা য়াই। অহনদি ঐগী য়েংহোদবা য়াজ্রে মানা নাল্লিবা গদাসি লেম্না তোকখিরোই ঐতোন্দা খংহল্লিবনি। য়াথন্সি তৌরগা শোকনিনা হায় ইমাকশা চেকপল মখোংদা

কুপ্নিবা অসিরা? এ—চাওরেদা মাসি চাওরাং লাউডিঙ কৈজাওরি কৈনি কৈনি। ভীমনা দাদাবু ইনাওশা ঐনা চুপ্নবনিনা, নখোয় পরেং নাইনা ফম্মো, মথং মথং রৈনবা। নিংথৌগী চাপ্পী হায়নখিবনা অবেপ্পনি চামত্ত মথরাই সুঙোইতনা। পরেং কাইদনা কমলে। ভীমনা দাদা ইবুংঙো রারোবিস্লুকো ঐস্নু থংনা থংনা হায়জিল্লবনি, মামানা কন্না প্রেম লৈবমগ্রমাংলদো, হায়রগা দুর্য্যাধনদগী হৌত্বনা গদানা তম তম তম ১০০ দু য়েরে। ঙসিদি চাক চংঙনি হায়রমলগা লেংবাল্দা গদা হায়গৎলগা চংখি, ভীমত্ব চৎখরবদা মচিন মনাও ১০০ দু স্বর থিংডুবত্ত হস্থরে। দুর্য্যাধন শাওমনখিবদগী মমিত্তা ঈ কাপ্পনা মামা অচুপ্পা মথবু মন্নি হায়রগা ঐখোয়না য়েনগদবা ভীম অহুবু কৈনি হাইজিন্দুনা ঐখোয়বু য়েহনবদি মামা মতোইনরা? এ—এ ইবুংঙোগন অমুক্তা তপথখো মামা য়াহায়গে। মাদি য়েমগে হায়রনা নিঙাই হৌরকপানি, নখোইনা পংত্বনা য়েংনরুবনি, মানা ঐঙোন্দা ওনশিন্দুনা, গদা নাল্লিবত্তুগী অর্থদি, মামানা ঐবু য়েংহল্লনদি চৈ চামত্ত পুল্লপ মামাদা শিংবা অসিনি, ঙসি অহুম চংখিনি হয়েংদি ঐ ঈরুজবা চংপা য়ারোই লুম্মথগনি। চৈ চামত্ব শিংঙরবদা মাশাবু হিংখিগদ্রা? নখোয়দা য়েবদি অমুরুনি, শিবদি য়ারোই অহুনা ভোবনি, মামাবু রারোগন্ন। দুর্য্যাধননা থরে পেল্লো মামা হায়রগা কোনুংদা চংখিহনা

গন্ধারীদা পাও তম্মুরে, গন্ধারীনা শোকনিবু কৌশিন্দুনা হংই। শোকনিনা লোইনা তম্মী, গন্ধারীনা পল্লি, হে—ভীম নাপ্লবা দুর্য্যাধন, দুসাশনগা য়েনে কৈ, করিস্নু খংঙদ্রিবা অঙাংশিং অসিবু অম্নুক থিনা চৈফম নায়না, ওইদবা হায়জিল্লগা য়েবদি হাকমল্লি। গন্ধারী ঐবু খঙ্জিক্তা ফাওবা উমিত্তমাল্লে, অঙাংশিং খংহনদ্রবদি মতুংদা উমিংলবোই খন্দুনা গন্ধারী চৈশু অমা পাম্নরগা। ভীমবু য়েবগে নিংত্বনা শাওনা চেনখ্রে। গন্ধারীনা য়োরকপদা ভীম চাক চাবা হৌগলকপদা ঙাইরর, হায় হায় ভীম লৈরম্মু ঙং ঙসি থংগনি, হায়ত্বনা গন্ধারী চেনশিলকপত্ব উবদা! চাখুম্মাংদা য়েররবদি চোপ্পরনি। ঈনস্নানসি মচাশিং য়েরুবগী শাওহনা লাক্লবনি, চাকসি থনম্মু হুঙাইত্রে পুত্বনা চেল্লগে খন্দুনা চাক্তা ইস্থাং হৈজিল্লগা। পুখমত্ব কোন্দুনা মমিংথোঙলোমদা ঐ চংলে, হায়রমলগা চেনখ্রে। গন্ধারীস্নু অহুম তাম্নব্রে, কুন্তীস্নু রাক্ষম অত্র হংবা নংহৌদে, অতম ভাবতাদনা লৈনহৌই ভীমত্ব চাক অমুক হেকচাই, গন্ধারীনা নকশিল্লগা অমুক পাইত্বনা চেল্লি, লংনবগুম থোক্লে। গন্ধারীত্ব মৈ অচাকপদা ঘা হৈজিনবগুম্না হেন্না শাওরহনা নংদদি ঙসি য়েদ্রিমথৈ হজিনখ্রোই হায়ত্বনা তাম্নরকই। ভীম যমুনা য়োরকপদা চাকচাবা লোইরহনা, মচিন খুংমশা শেংদোক্লগা হায়রকই, ঈমস্নান ঐদি থন্দা হৈ চাবা চংলনি, হনহৌরোদা তাম্নবস্নু কংলোইদা রানবনি কাম্নরোই। ভীম যমুনাগী থোং লান্দুনা বমলোমদা চেনথরে, সত্তী শাওবনা

পন্দোন লোমখিত্বম্না থ্বাংজেং কন্না লাকশিল্লগা বনংলোমদা প্রপ প্রপ তাম্নবক্লে। মরিংজেন খাবী সত্তীনিন্না হনবা লৈতবত্ব উবদা ভীম অহ নুংশা থিরক্লে, হরি হরি কবনো ঈ স্নানসী হল্লোদোরে; মাসিনা বারক্লবা কান্দা শাপ চৈরক্লবদি ঐ উং ওইবা তারে। ভীম নুংশা থিমনখরনা শ্রীকৃষ্ণবু (স্মরন) নিং-শিংলকই, "অগতির গতি অনাথের নাথ হাকৃষ্ণ" ননাই ভীমবু ঙসি ঈমস্নানগী অশাওবা মৈদগী অমুক্তা কনবিয়ু। অস্নুমা চেল্লকপা ভীম অহ ইন্দ্রাগরীগী চীথোং য়োরক্লে, তোম্নিবা মতৌ অসিবু নুর

ঋষি নারদনা উরদুনা, ভীমবু উপায় তৌবিরগে থল্লি। গন্ধারী অসি থরা হাকমল্লি, খিহল্লগেদো থল-লকলদুনা সিদ্ধিনা মিকুপ অমদা ভীমগী মনাক্তা থুগুরে। ঋষিনা হায়রকই, বৃকোদর, চিখোংদা খুংপাকতা লাইরিক ইরগা লাইথুং পকপা কুণ্ড হায়না থারগা মুংঙনা থমলিবা। কুণ্ড ঈশিং, মচুনা তৌরোক তৌবা অঙ হামেং ওনবা ঈশিংনি। মাতুগী মনাক্তা লৈনরগা উপায় য়েংদুনা নমঙ্কান্দা ঈশিং মরিক অমত্তঃ চোংহল্লু; শোইদনা হামেং ওগ্গরগনি। অদুগা অরাংথংবদা ঈশিং মচু তাংলৈনবা লাইথুং কোকপা হায়না থাবা কুণ্ড অমা লৈরিবদুগী ঈশিংদু, অমুক চোংহল্লু মী ওনবনি। নঙ্কান্সে চামদি ওনহনখিল্ল সত্তীনি হৌইদে, মতুংদা শাপ তৌরক্তনবা রাশক্রহৌরগা দষা কোকহনল্লু; অসি তাক-পিরম্লগা নারদ ঋষি হনখরে।

ভীম নারদগী পাওত্তাক ফংলদা ডাইনা ডাইনা চল্লে; গন্ধারিবু হুপ্রতুগী মনাক্তা লান লংনদুনা পুশিল্লগা লৈনরে, ভীমনা কুংতুম অমনা ঈশিংদা গন্ধারীগী মপা কেংদুনা লংশরকই, গন্ধারী ঈশিংদু মশাদা চোংখিদ্রনা খুদক অত্তদা হামেং ওল্লে। মীগী জ্ঞান মাংখিদুনা শংলক চাবে, অত্ত উবদা ভীমনা হায়রকই ঈঙ্খান হামেং, ঐবু তাম্নকপদা লামলবোইদো নাপী থনুনা চাবে। ভীমগী রাডাং তাবগা অমুকসু নিংশিংলক্তনা নংলনিকো ঐবু হামেং ওনকল্লিবা, শাঙমনখিদ্রন মেমে পোংলগা! ভীমবু রাইগদবগী থমকা তৌননা চোংশিল্লি। ভীমনা এ—এ ঈঙ্খান হামেং ওইবমঙ্কদা কিন্দ্রা? ঐবু রাইগে তৌরিবা অসি হায়দুনা উরি অমা পোক্তরে। উদিদু কোঙ্গোই শেম্নগা মক্তা হুকচিনবিক্তনা ক্সারগা শক্তিক অকবা মফম অমা য়েংদুনা পুনশিনখিরে। ভীম বন্দা হৈ পিদুনা খুক থম্না বোরোই চাকরগা হল্লক্তনা উতোং অমা শেমলগা, মী ওগ্রবা কুণ্ডদুগী ঈশিংঙ উতোংঙদা শোক্লগা মথুম চেংনা থুমক্তিল্লি। ঈশিং উতোংদু পাইরগা হামেংগী মনাক্তা চঙখি, হামেংঙ শক্তিক চাবদা অবুক থন্দুনা কুল্লমই, ভীমনা ইমহান হামেং য়ুম য়ৌরসি হৌগংলো হায়কন্না! গন্ধারী অমুকসু নিংশিংই। শাওবনা থুনা হৌগংলে, রাইগদবগী চোংশিল্লি, ভীমনা হায়রকই ঈমহান নং ঐডোন্দা লম পাংহেন হেনগম্ন, ঐনা হায়বা ইল্লবদি কৈ, ঈমহানগী দষা কোক্লবা হিদাক ঐ খিরক্তনা পুংক্রি। উতোং অসিদা হাপলকই, ঐবু রেক্লবা ওইনা নিংলবদি; নপুনসি চুপ্পা হামেং ওহদুনা তোকচান। ভীমগী রাওবদা গন্ধারী কিরক্রদুনা, মানা চানবীরগা ঐগী হামেং ওইরিবা দষা অসি কোকদোরিবনি থল্লক্রমাল্লে। মমিত্তা মপি তারদুনা মেমে লাওনা থোংদুনা, কপ্লগা ভীমদা মমায়না মরেংনা তক্তুনা হায়জররে। ভীম মত্তৌদু উবদা মুংশিরদুনা উরিদু থোক্লপা পমদুনা পুরগা হল্লক্তনা যমুনা য়ৌরক্লে। ডসাই থনম্বা পুথমদুম্ন পুরকই, গন্ধারীদু চেকপন মনুং লফু মথোঙদা পুনশিল্লগা! ঈঙ্খান অসিদা ওহাক পোথাবিরমথো হায়রমই, ভীমদু চংপি, হত্তিনা কোম্নুংদগী গন্ধারী লৈত্রদুনা থিনরকপদা। খঙত্রদুনা যুধিষ্ঠীর অর্জ্জুন নকুল সহদেব লোইনা চেন-খিদুনা কপ্লবগা লাওলবগা পুমনিন নিল্লে। লাইনা পুথ্রবনি, থমদুনা পুং ঝান, কোরতাল মোইবং কাংসি রাওনা মৈরা চাওনা চমদুনা থিনরি।

ভীম হস্তিনাপুরবদা কুন্তীনা মচা ভীমদা হঙঙকই ; য়াইমা নমাবোক মহারাণীবু নহাকা ওশাই চেনমিন্নখিবা অদু কদোমদা চৎলুবগে ? হৌজিক পাটেশ্বরীনা কদাইদা লৈহৌবগে, হস্তিনা সহরসি শেগাকাইনা থিনবদা ফংজি ; নয়ামা ননাও লোইনা চেনখৎনদুনা থিবা য়াওজি। নংনু চেনখৎলু মহাকপু উত্রগা ঈতৈ ইবুঙেঙো অন্ধরাজনা য়ারৌখিগনি এন্নু অমুক য়ৌরুরবনী। ভীমনা হায়রৈ ঈমাবোক্কী ওশাই অদুম লেংশিনখ্রবনি ঐ মমুনা য়াংমগী বন্দা হৈ খিরই হুজিক্কা হঙ্গরকই ; ঐদি পাওমু ফংজদ্রি। কুন্তীনা হায় ভীম অদুদি নংমু য়ৌরু অদুম লৈখোক্রবদি ইতৈ ইবুঙেঙো মহারাজা নবুথো ভীম অমসুং লৈপাক্কী মীয়াম্না চিংনখিনী। ভীম্না হায়রে ইমা অদুগীদমক য়াবিরুগনু নচা চৎচগে; ইমাবোক্কী খোঙ্গুন লোইদনা থঙনি, লাইনা পুরক্নবসু ফংগনি। লাইনা পুরুবদগী এ য়াম্না ভাব থংজরে য়াসি হায়রগা দরবার কানথা আভরণ পুরনক লৈতেংলে, ভীম মমাগী খোংশোক্ত থুরুমজরগা গদা পায়রুনা খোকত্রে। মমানা ঈমুংদা চংখিবা তাক্কা য়েংদুনা লফু মরক্তগী গন্ধারী গামেং লৌখোকউনগা পমদুনা পুম্রে। দরবারগী চেকপন মখোংদা খাদোক্লগা ঈন্দ্রালদি অম্বাইদা ওহাক্কা লেবিথো নচানা দযা কোক্নবা অমুক্তা শিঞ্জরুখিগে হায়রম্নগা দরবার সভা চঙঙলুনা সভা থুক্লম্মী। মীয়াম পুন্নমক ভীম লাক্লে নিঙ্গে য়াতাসা ঙায়না ঙাংনবকই, ধৃতরাষ্ট্রগী মাংদা দঙবন্ত কৎলি, বাহ্লিক, ভীষ্ম, আচার্য্য গুরু, বিদুর মখং মথং থুক্লম্মী। ধৃতরাষ্ট্রনা বৃকোদর, অজ্জা। ইপন্দি ইচাদবু ঙাইদুনা লৈরম্নবনি, ইপনগী নাক্তা ফমো দুশাসন মমাংগী আসন দুশাসন্না আসন থারে, ভীম আসনদা ফমে। অন্ধরাজনা হায় য়াইমা নন্দানবু ওসি অদোমদা য়ৌরক্লম্মী ; মঙ্গা উনখি হায়বা চুমত্রা? চুম্মী পাবুং মহারাজ ঈমাবোক মহারাণী ননাই নচাবু উনবিরম্মী। য়াইমা হন্দক ইচানা নজি মামাবু কনবসি লেঙ্গে ঈন্দ্রালনা চাক অমুক্তা কোগে তাকপিবম্মগা কোন্নংলোমদা হনখি। ঐন্নু বন্দা চত্লুনা হৈ চারুবদগী হুজিক্কা তঙ্গরকই, ইমানা পাও তাকপীবদগী চেঙ্গরকইবনি, ঈমাবোক ফংজিত্রা? য়াইমা নঙ্গাল ফংজি শিবা হৌনবা মথং কয়া লাংতুনমু ফংত্রদুনা হৌজিক থরম্মীবা অসিনি। ইচাদি ওহা ওইবা ওঙ্গা গুরু থনবনি, নঙ্গালবু ফংনবা ঈপায় লৈরবদি লৈপাক্কী য়াণী ১বু মকম থংদনা মাংশ্রে হায়বসি চন্দ্রবংশগী মিংচৎ থিবনি মাসিবু ইচানা অমুক্তা কল্লু। পাবুং মহারাজ অহৈ অশিং মাইবা মাইবী পণ্ডিতশিংনদি, করি করি হায়না থরিবগে ? ভীমসেন য়েংবা য়াবমথৈ য়েঙেঙ মাঙঙু হায়বদি লৈতে হায়বা মথৈ মান্নে, মেন্তানা থংবদি ওমনত্রে। পাবুং মহারাজ হস্তিনাগী পণ্ডিত মন্ত্রি চাবা য়াংলেদা। নগা অমুক্তা য়েংজখিগে করিগী থংদগবনো থজনি। দুশাসন চে কলম পিয়ু ইয়াম্বা অমুক্তা হোত্নুনা খেল অথুবা ওইনা য়েঙ্গে, দুনাশম্না চে কলম লানশিল্লি।

ভীম মতো মান্নবা গ্রহ মাপনগী সুক্ষম কা মাপল লই য়েক্লগা অঙ্ক অমমগীনা মাপন অঙ্ক কাওবা কা কাহু মথংমনাও কাইদনা ইরে। দাদা ইবুঙেঙো কা মাপনসিগী অঙ্কশিং অসি পুক্লিনা শাম্বা অমত্তা নমীবু। দুর্য্যধন মডাগী কাদা নম্মী, ভীমনা মডা শগোলশেনগী দবা অপাইবা অমনা ইঙ্কান্দী বন চৎলু কোম্নংদগী মপাল খোকউ হায়বা পীরী। ১—২—৩—৪—৫ লাই, মী, হিংচাবা,

য়াইতবা, শা, ইন্নানগী নখানা শা ওন্নু হায়বা লৈরে করি শা ওন্নিবকো অমুক লেংসি; দুসাশন মং অমুক মন্মু। দুসাশন্না ৮গী কাদা নক্কী ৮ য়াহনা হুখিহনা থিবা খওওনু হায়বা অমা য়াওরম্মেদনা অহনদি ময়াগা খিবদা খওদ্রিবা। হায় য়াহ হুরানবা ফাবা ওঘা ভীম লাক্লে; ইন্নানবু লোংকনু পৃখোকউ, ঐনা নমহনা ফাগনি। হৌজিক শা ওন্নু হায়ব লৈরবনিনা য়ুমগী শাদা হায়া খিরগে। অমা শগোল, অমি শাম্নু, অহুম যণ, মরি ইরোই, মঙা ওক, তকক হুই, ভরেং হোদোং, নিপান হাক্নে মাপন য়াওনি। দুসাশন্না নিপান্দা মন্নবনিনা নিপান হামেং ওইবা তারে য়াহ নংনা হুহনা লোংপহ ভীম ঐনা অক্কনা ফারেদে। পাবুংহন মহারাজা ইন্নান লৈরে, ভীম কদাইদা লেরে, নোংমা লেপ্রিবনিনা পংলাপ লাপত্রি মঙুং অম্বাইদা লৈরম্মনি। দাদা দুর্য্যধনগা ইনাওশিঙ্গা কোন্নং মঙুং অম্বাইদা অমুক্তা থিসি, মহৌশা লৈবা হামেং নত্তবা মশক খংদবা অনৌবা হামেং অমা লৈরম্মবদি, ইমাবোক পাটেশ্বরা সোইরবোই, মাহ ফারগা পুশিল্লকউ ঐনা লাই থুকম্মগা মহারাণীগী দয কোকনি। ভীমগী য়া তাববদা অন্ধরাজনা হায় দুর্য্যাধন থিল্লে ইচা ভীমনা হায়বা য়াদি সোইরবোই থিকরো? দুর্য্যাধন মনাওশিঙ্গা খোকথিহনা থিনবে। ইনক নক্কা গন্ধারীনা ওইবা হামেংহ চেকপল মনাক্কা খোংনাং মনা চাহনা লৈরম্মে; অনৌবা হামেংহ উবদা দুসাশন্না হামেংহ কগ্রঙ্গী খৌবী হুক্কনা ফারে; দুসাশন্না লাওবকই। দাদা ইবুঙ্গো ইমা লৈরে ঐনা ইমাবু ফাজরে, ময়াম চেনশিন্দনা য়েংনৈ, ইমানি সোইববোই হায়নৈ। দুর্য্যধননা দুসাশন চিডড ঐ হোয়গে পশিল্লশ দুর্যাধন চিডডী। দুর্যাধন্না শাক্নে মচা পায়হনা হোইয়গা পুশিল্লকই গন্ধারীনা মচাশিং উরগা নিংশিংলক্কনা খল্লকই। চে: ইচাছা ঐবু নখোইনা ইমং ওইরম্মনিমু খল্লবা অহমক্কদা ঐবু কোল্লগা পুবম্নু য়াই খৌরি হুক্কনা চিংলগা পুবি, পঙিওদকো নখোই। অহুমক্কনা ভীমগী মথুন্না মতম খিবিক চৈ চারিবনি খন্দুনা লাকপসি. দয়বারগী খোংজিন্দা চিংশিল্লকই। গন্ধারী মতৈ মকু কম্মীবা সভাহ চওনিংদহন তুংলোমদা হন্দোকই দুর্যাধন্না শাক্লেং। ফং ফং শাহনা দুসাশন্না চিংশিল্লগা নমংনা পশিল্লি। ভীমদা শিন্নবে খৌরিহ পায়রগা মাম্নি ইমাবোকনী হায়রকই, অন্ধরাজনা বৃকোদব ইপন্দি মাংলে ইচানা নক্কালবু অমুক্তদি পোকপীয়ু। করি পোংচং লামঙ হায়বগে, ইচানা তাইনগদৌরিবা লাই অহু পেম্নবা তাইনহনা থুনা অরাবা কোকহল্লু। পাবুংহল চেংক মন তরামুক্তী ফোলা চঙ্গনি, অহুগা কোল্লবা হৈক্লক পানা বত্তি পত্র য়াওগনি, ধৃতবাষ্ট্রনা থিল্লে ভাণ্ডারিশা। ভাণ্ডারিশিংনা পুল্লপ লাংহনা পৈররে। ভীমনা পুজারি হায়রকপদা ব্রাহ্মণ পুজাবিশিংনা ফোল্লা তোংপা লোইবে, ভীমনা ভীষ্মগী মাংদা গন্ধারী পুশিল্লি, ভীমনা লোম্না গন্ধারীদা তায়। মহারাণা ইবুধো ভীষ্মগী মাংদা ঐ মতুংদা শাপ তৌরোই হায়রহনা য়াংকপিয়ু, অহুগা হামেং ওইবা দযা কোকহনগনি। রাশক্রবদি পুন্সিগী হামেং ওইবা। থনবিয়ু পওকুইদি কুইরয়োই দেবী পুজা য়োরকদৌরে বল্লী। ভীমগী য়াহাম অসি তাবদা গন্ধারীহ, ভীষ্মগী মান্দা মমিং অমিহ পিনা জয় জয় চেম্নহনা কল্লগা। ঐবু ভীমনা লাক্লরিবনি হায়না ভীষ্মদা শ্যাও তম্নী। ভীষ্মহ হামেং মরোন্দি খংদযনিনা মেঃ মেঃ খোংহনা কম্মীবহ উবদা গুওড়াইত্রহনা ভীমদা

হৌজিক ? বৃকোদর নঙ্গান্না খোঙিওবহৌবু করি হায়রিবনো ? ইপুবু য়েংবা ওমদরেখর থুনা নঙ্গানগী অরাবা কোকহল্লু, ভীমনা হাইরকই ইবুধৌ লাইগী নোংদম অঙকপনি । অমুক মুওতাইনা হায়েংওয়ক্লবু মী অমুক ওইহনগদৌরে হায়দুনা, ঐঙোংদা শাওদুনা ইবুধৌদা তপ্পীবান। হায়জিল্লিবা ভীমগী রাহার তাবদা ভীষ্মনা হায়রকই, তুমৌ ইবেম্মা সত্তা নচ ভীমনা হায়বা য়াও নকু ঐখোইগী উপায় ন্নেরে। গন্ধারী ভীষ্মগী রা তারবদা কায়রবোই খঙ্ঙ না গন্ধাবা ভীম য়েংদুনা রাশকহ। ভীম ঐনা শাওরুবা লাল্লে সত্যনা সাক্ষি ওয়রসনু, ইচাগী থবায লৌববা ফাওবা নঙোন্দাদ পুন্সিগী শাপ তৌরোঙ্গ ঈশ্বানগী অন্নাবসি কোকহল্লু। গন্ধাবীনা রাশকঈব। অদু ভীমনা খঙ্ঙদুনা মরাম য়েংদুনা হায়রকই হৌজিক্কি দরবার মঙ্গুংদগী মী পুম্নমক মপান্দা খোংপারো অদুগা ঐনা যারে হায়ত্রিংশাওবা ফিং উইশিন্দুনা লৌখিবু, পাবুঙগনি খোকপীদবা য়াগাম, ঈবুধৌনচিংবা অতৈদি লোয়না লেংথোকপীয়ু ভীমগী রাহৈ তাবদা পোয়না খোংখবে গন্ধারীবু য়েংদুনা হায়, পান্টশ্বরী ওায়দাক্কা নায়বীখো শ্রী কোলাসি অমুক্তা কচ্চখিগে হায়রগা। চৈশকপানা থাংব বত্তি চমংল তুলসী পত্র হাপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা কংলেং। মপান্দগী কনাগুম্বা মী অমত্তা য়েংহন্নবোয থন্দুনা লাওরকই এপান্দগী ময়াম তাবো কমাগুম্বা উনিংবা য়াওদুনা লোয়না যেলবা যাওরবদি, হায়দ গায়ন ঈশ্বানগী দবা অসি তেকশিম হৌজিন্দুনা হায়েং ওয়র্টান। ভীষ্মই খোল্লাও তাবদা য়েংনিঙঙংবা বাংবু, কিংনা। মমাই ওক্লোকনহুনা মমিৎ চেৎনা চেৎনা উৎশিন্নবা ভীম ফোলাহ পোইনা চাবে, চিন ধুপ শেংদোক্লে পান চারে, অংদগী ফুরিৎথাওদ কাপ্তুন পোবকইবা মী ওন্নবা ঈশিচু, পৌখোক্নুনা থক্লে। ঈশিং অত্তনা হেক শোকপদা হায়েং তোক্লুনা গন্ধারীগী মশক ওহরে। ভীম মচক্নবা যেংলগা সতী পতিব্রতা, নচাগী দোষ পুম্নমক তাকপিগ্ন হাবরগা, অসটক ভক্তিনা থুরুমজরে। গন্ধারী ভীমবু কোনথংলগা হায়, রাংমো ইচাগী গুণ থংলে ঈশ্বান পেল্লে ইচাদি তোক্ল তোক্লবা থবক খুদিং নমাই পাকচবা ওইবু। হন্দক্কী থোদোক অসি কনাগুম্বা অমদা হায়দোকপ্ত, ইশ্বান টকাইজ। মী উত্রিংডদা কোংলংদা চক্ষুগে নৈলহোরে হায়বদ্দী, গন্ধারী কোন্নুংদা চঙথরে ভীমনা লাউরকই ময়াম চংবিবকপা য়ারগনি মহারানী দবা কোক্লে, মীয়াম চংনরকই ফোলাপ্ত, হায়েংস্তু, গন্ধারীস্তু লেরমদে, মীথায়া হওভী ভীমনা হায় হায়েং ওনহনব। লাইসি দক্ষ প্রজাপতিনি, ঐনা কোবদা পাক্কুনা ফোল চারগা মহারাণীগী দবা কোকপীরমলগা হনগ্রে। টুমাবোকস্তু শঙ্গাইদা চংথে উনবীকব য়ারগনি। ভীমগী রা তাবদা দুর্য্যাধন মানওশিল্লা চেমশিনথিবদা। স্নান লোইরম্মে মমাবু খুরুম্মী গন্ধাবীনা ইচাশা নথোই কবিগুম্বদস্তু ভীমগা থংনগথ। নথোই অরাবা তাগনি মগুন লৈবা ভীমনি, মাগী মপান্দগী ইমা অরাবা কোকপনি, দক্ষিনা চাওম্মা তোক্ল। গন্ধারীগী রা তারবদা দুর্য্যধন মনাওশিঙ্গা দরবাবদা খোকখিত্নুনা ইমা মঙ্গল ওইরে হায়না তমখি। ধৃতরাষ্ট্রনা পেল্লুনা সনা লুপা মনিংবা কয়াপি, ভীমনা মাহু লোদে কা-হৈ থব চাবগা খুরুমহুনা বিদায় লৌরগা, মচিন মনাও লোইনদুনা মখুমদা চংখি। ভীমগী মতিক মগুনবু হস্তিনাদা শোয়রি অসিগুম্বা আদি পর্ব্ব ভীমগী (চরিত্র কথা) রারী অসিবু মীওইবনা পুক্কিং চংনা তাবদা বিষয়াদগী লাকপা পাপপু কোকই মাসি ব্যাস মুনিগী য়াথংনি অমৃতগা ঈচেনগুম্বা মহাভারতকি রারিবু মাতে ইমা লোন্দা পাংত্রবা শ্রীচমনি সিংহনা ইজবমি। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল।

## অধ্যায়ঃ—

# চামা মঙানা কৃপদা খুণ্ড-খুৎলাই তম্বা অমসুং দ্রোনাচার্য্য লাকপগী বারী মতাং ॥

শৌনকনচিংবা মুনিময়ামা হঙ্গকই, হে-সৌতি কৌরব পাণ্ডব ১০৫গী মহা ওইরিবগী বারী অসি মুণ্ডাইরে, দ্রোনদা ধনু বিদ্যা তমলকপগী বারী অমুক লিয়ু সৌতিনা হায়খি ভাবিয়ু মুনি সকা, মহাভারত তাবিবা জন্মেজয় নিংথৌনা খুং লোয়রুনা হায়জে, মহামুনি ইবুংথৌ কৌরব পাণ্ডবনা খুৎলাই তম্মকপগী বারী লিবিরো? ভারত পুরান লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তাবো জন্মেজয় নিংথৌ মবুংথৌ ১০৫ না কৃপ ওঝাগী মফমদা খুৎলাই তম্মকপসি, কৃপনা বিদ্য তম্বীবা লোইশিন্নরে, কৃপচার্য্য১০৫ না লৈরিবা মঙমশিং অসি উবদা, দ্রোন ইবাইদা শিনরগা তমহল্লবদি মতিক চাগনি খল্লুনা দ্রোনবু থিবদা ফংখিব্রে। ভীষ্মদেবসু দ্রোনবুদা নিংঙ্গুনা লৈথরে।

বৈশম্পায়না হায় জন্মেজয় দ্রোনগী বারী অমুক লিয়গে। দ্রোনাচার্য্য ব্রাহ্মণ অসী তপস্যা লাইনিংহুনা লৈবদগী, গৃহী ধর্ম্ম লৌরগে নিংহুনা পদরিকা শ্রমদা লাক্লুনা, পরশুরামগী মফমদা বৃত্তি দান নিররে॥ পরশুরামনা হায়রকই হে-অতিথী ব্রাহ্মণ ঐদি হৌজিক দান তৌবা লোইখরে, পৃথী জয় তৌহুনা কাশ্যপ মুনিদা ভুমী দান কৎথোকখ্রে; লাইরবা ব্রাহ্মণ কয়াদা সনাগী দান তৌবা লোইখ্রে। হৌজিক্তি উইহে চাহুনা লাইরনা লাইনিংহুনা লৈবা মতম থোক্লে, ব্রাহ্মণনা থরা থোংহো থেংলকপনা করিত্ত কৎনিঙাইদি লৈত্রে। ঐনা লৈরিবা হায়ববু ধনুর্ব্বিদ্যাগী লন্দ মঙাইরে, বিদ্যা অসি দান ওইনা পিরগে বিদ্যা অসিনা ওঝা ওইংনা, লন তানবগী উপায় ওইনরু। অসি হায়রুনা লিকং তেল্লোং মন্ত্রগা কোয়না, বিদ্যা পুম্নমক লোইনা তম্বীহুনা, দ্রোনদা দান ওইনা পিরে। দ্রোন বিদ্যা পুম্নমক প্রসিদ্ধ ওইনা কংলবদা। গুরু খুরুমলগা আশ্রমদা ধনুর্ব্বিদ্যাগা হল্লকই। মতম কয়াগী তুংদা ভরদ্বাজনা কৃপী লুহোংবীরমলগা ব্রহ্ম লক্তা চৎখি, কৃপীগী গর্ভ থা ১০ শুরহুনা মচানিপা অমা পোকঈ। অঙাংনা কপলকপদা অশ্ব শব্দদা কপপী হায়হুনা, মমিং অশ্বথামা থোল্লে। পোকপা মতমদা ব্রহ্মানা আকাশবানি লাওথরকই, দ্রোন হন্দক পোকইবা নচা অসু; যুগ মরি অমর ওইরসু। মরিংজম মথৌনা মরৌশিং মায়া কয়গনি অসুমা লাওরকপা, শাইগী মাথং তাবদা দ্রোন মুঙাইজখি। অশ্বথামা মচানা চহি ৭ চংলকপা মতমফাও কৃপী দ্রোনাচার্য্য মচাবু উইহেতনা য়োকতুনা আশ্রমদা য়াদা মতম লেল্লুনা কনা অমদা নিরুদনা লৈথরে অশ্বথামা মমাগ্নবগা লোইননা নিত্তিগী শাগৈ, মমাগ্নবশিংনা নিত্তিগী মমা মপানা যণ লৈবনিনা শজোম পীরক্তুনা, শারবগী পোথাবনা মতমদা, অশ্বথামাত্ত মাওনা থকলিবৈ। নিত্তিগী মীনা খাইবিরগা থকপা মাদি লোংমত্তা শুধোক্কবা অহুদা, মমাগ্নবা অমনা হায়রক্লে অশ্বথামা নংদি শজোম লোংমতসু পোরক্কে ঐথোইগীদা থকই ইকাইজ্রা? নংসু পোরকউ হায়রক্লে।

অশ্বথামা মীনা ৱাহৈ লাকচখিবগী মুঙঙাইতনা হন্নরক্লগা দ্রোন্দা কৃপী মমাদা হায় ইমান্নবগীদি মমাং মপানা শঙ্গোম পিরক্লুম্না, নিত্তিগী শান্নবদা থকই। ঐগীসু শঙ্গোম পিয়ু হায়রহুনা কপ্পরে, দ্রোননা মচাবু পমহুনা খেম্বী অশ্বথামা কপকম্ব হন্নেং ইচাগীসু শান্নবদা পুনবা ইপানা শঙ্গোম পিগনি। অশ্বথামা শঙ্গোম পিগনি হায়রবদা কপপা তোক্লে, মুখিদাং য়োৱক্লবদা ৱাখল তৌনৈ নোঙাম্নবদি ইচানা শঙ্গোম পিয়ু হায়রকনি। কৃপী করি উপায় তৌসিগে খন্নহৌসি।

শঙ্গোম লৈনিঙাই পৈশা লিকোনসু লৈজদে, পিত্রে ইচা কপকনি চেংতি লৌরগা কণ্ডনবা শঙ্গোরি হায়হুনা পিরসি ৱাকমসি খাহুনা (পিটাগুলি) চেংহি লৌরগা। পাত্র খুজ্রাই মচা অমদা হাপ্লুনা থম্নে। নোংঙায়ে হৌগংলি অশ্বথামানা. পিতা মাতা শঙ্গোম পিরো শান্নবা চংলগে, দ্রোনা হায় নঙ্গি খুজাই মচাদা চাপ্লগা থম্মীবনি। ছুরেন শান্নবদা নংগীসু অতু হেক থকউ, অশ্বথামানা শঙ্গোম পিরে হায়হুনা খুজাইহু পুরগা। হরাওনা শান্নবা চংখরে। মমান্নবা ময়াম শান্নবা লোইরকপগী পোত্থানবদা শঙ্গোম থক্লসি হায়হুনা মহৈ মহৈ শঙ্গোম পুথোকনৈ। অশ্বথামাসু ঙসিদি ঐগীসু শঙ্গোম য়াওজরে হায়হুনা পুথোকই, মথক্তী ময়াম্বাশিংনা মখোইদি লাইরবা মণবী লোইদবা ইমুংনি। কনানা খাইবীরকপনো য়ামলমলোই, খ্বাইদগী থর থর খাইবীসি হায়নহুনা, অশ্বথামা নঙ্গি শগোমতু য়েঙ্গে য়ামজ্রগা ? ঐখোইদগী থর হৈবীগে পুরকউ য়েংসি! অশ্বথামানা য়েংখিয়ু য়েংখিয়ু ঐগীসু কনদি য়াম্মী হায়হুনা য়েংহল্লি, ময়াম্বশিংনা য়েংতি চেংহি পুরকইবত্ত উবদা হায়রকই। অশ্বথামা নঙ্গিহু চেংহিনি হৈদোকউ মখোইগীদি মণবীদি লৈজনা ! কদাইদগী শঙ্গোম লৈগনি। নংনা শঙ্গোম পীয়ু হায়হুনা কপ্পুরিনি, অদুদা তাং তৌহুনা পিরকলবনি ঐগীসু শঙ্গোম য়াম্না য়াওরে হায়রুরিবহু ইকাইত্রা ? হৈদোকখো, ঐখোয়গীস খাইবীগে। অশ্বথামানা হৈদোকউবদা মনিং ক্ষম্জন্দুনা চেং য়াওনা লৈরম্মী অদু উবদা ইকাইদুনা ময়াম্বশিংনা থাম্বা য়াদনা শাওনা চংখ্রে। ময়ুম য়োৱক্লগা খুজাইহু লংখাইরহুনা থরো থরো ওল্লগা কপ্পী। দ্রোনা মচাবু কোনথহলগা হায়রকই। অশ্বথামা কৈদোরে কপকহু নঙ্গি অপাম্বহু ইপাদা হায়য়ু মাহু ইপানা পিগনি। অশ্বথামানা কপ্পুনা হায়রকই ঐগীদি পিতামা চেংহি পিহুনা ইমান্নবনা থোক্লরে, শঙ্গোম ত্তম্নবা মণবী অমা লৈবীয়ু, অতু নত্রবদি ইমান্নবগা উনবা ওমলরোই হায়দুনা হিক হিক কপতুনা লৈরে। দ্রোন ৱাখল তৌই মণবী লৈনবা পৈশা লিকোনশু লৈতে, লৈত্ত লাইর তারুই গদোবা মমাম্ম লৈত্তবী লাইনিংবীনিনা উপায় লৈরোয়দৌরি। দ্রোন অম্নাবা ওয়রক্লদুনা করি উপায় তৌসিগে থল্লি, মমাওঙৈদা মরূপ ওয়দুনা লুনা তিননথিবা দ্রুপদবু নিংশিংতি! পঞ্চাল লৈপাক্তি নিংথৌ ওয়দুনা পাল্লিবা দ্রুপদগী মফমদা চংলগা। ঈচা য়োকনবা, মনবী অমত্তা নিজরুগে, খম্নুনা, কৃপীদা হায় পৃয়ে ঐ পঞ্চাল নিংথৌদা মনবী অমত্তা নিরুথিগে। দ্রোন চংখী দ্রুপদগী হোজংদা থুরেঙ, ছারৌশিংনা নিংথৌদা হঙ্গংতুনা দ্রোনবু রাজ সভাদা পুশিনখি; দ্রোন রাজ সভাবু ভক্তি তৌরগা নবখায় মরাই চত্তরুগা দ্রুপদ নিংথৌবু কৌরকই । মহৌশাগী সভাভ খল্লহুনা সখ্য প্রেমদা, ইভাও ইবুঙো ঐবু নচন কৃপা লুহোঙভুবদগী য়াম্না রারে, ইচা অমসু পোক্লে। হচাবু শঙ্গোম পিথক্লবগীদমক

মচাসি মুংশিবিমু যমনী মথোম থোকপী অমত্তা ইতাওনা শিবিমু, দ্রোণাচার্য্যগী মাহৈ তাবদা জৎনা লিংথোক্না হায়রকই। কদাইদগী লাকপা ব্রাহ্মণ অভাওবনো, চাকলিবা মংল্লা লিংথৌ এবু ইতাও হায়না কৌবদি, ভিক্ষুরি নংগা লিংথৌ ঐগা কদাইদা মরুপ ওইবা হৌনবরা? লৈরদবা মঙ্গি চুমা লিমুম্বা পিগনি। অতুম ওইনা রাজ্যা বেব্যাহারমু খংদা অভাওবা মানবা মংনা, এবু উশিং থওইদনা ইতাও হায়রুনা কৌবদি, রাজ দণ্ডি কংলিংবুরা? দ্রুপদগী মাহায় তাবদা দ্রোণ্মু তাশোক্না থমোইদা লেংবগা মান্নবরে, সভা মমাংদা ইকাইখিবনা থক থক লিকুনা। মিৎলুদা পী শিন্থরগা হায়রকই। পঞ্চাল লিংথৌ ঐনা রাজা বেব্যাহার কাওপোকউবদি ইপা ভরদ্বাজদা লাইবিক তম্মাওদা তিন্নখিবা প্রেম অতুনা তৌকবনি; হৌজিক এবু শক থওবীরমগ্রে? ব্রাহ্মণ মচা অমবু অতুক কননা ইকাইবা পিবদি, লিংথৌ ঐ অচম্বা মচা নত্তে ইত্তিক থওহনবা ওম্বা মৌনি। অতুবু মরুপ অমা ওইথিবগী গুণ ভাক্লমগে। ওসি ঐনা হায়রম্বসি কাওগনু, মতম অমদা মরুপনি হায়বা চাকনিবা ব্রাহ্মণগী গুণ খংহনলক্কো। লিংথৌ নঙোন্দগী মনবা নিম্নরোই চৎলে হায়রমলগা। দ্রোন থমোই শোক্না থোকখ্রে। ব্রাহ্মণন মমিত্তা মপি তাখিবসি করি থোক্লগবা হায়না মীয়াম্না খল্লহৌই। দ্রোন হন্দোকলকপদা মাগল তৌরকই, হস্তিনাগী লিংথৌমচা ১০৫ গী গুণ অসি চাওনা ভাই, অতুনা চংলগা ঐগী বিদ্যা অসি তম্মীরগে। অকবা ছাত্র য়াওরমলবদি মতিক চানা শেমগে। দ্রুপদ অসি ঐগী পকন্নানগী মথুক্তা, মাইথিবা অমুক্কং কংহনগে। মাকমসি থল্লগা আশ্রমদা থুওডবে, কৃপা লাইমিংবা মতম থম থাদোক্লুনা ইচা মোক্লগে লন থম তাল্লখিসী, লাইনিংবা লাইরবা ঐথোইসি মীয়াম্না উসিংত্রে। হস্তিনা য়োম্নসী হায়মগা ব্রাহ্মণ ময়াম বিদায় তৌবমলগা দ্রোন্না মচা ভার্য্যা পুন্না হস্তিনা পাওভক্লে, দ্রোন, কৃপা, অশ্বত্থামা হস্তিনাদা থুওভরে। তুমিংতু চামগা মংগা য়োৎতুম তুনথা শানবৈ, কাংজেবুজি খামৈবম পাংথদা। ঈশিং তুংদবা লুরবা গুহা অমা লৈ। মহুদা য়োৎ মতুম অচ্চ ভীমনা তুনবদা, গুহা অদদা তাখ্রুনা গোৎ মতুমত লৌখৎকদবদা ওয়দতুনা, ময়াম য়েংনবগা চিন্তা তৌনরি। মতম অতুদা অহিং মুংখিজ পোথাদনা লাকইবা দ্রোণাচার্য্য, হস্তিনা কাঙজেবুংদা থুওভবে। দ্রোনিনা কৃপী অশ্বত্থামাবু কৃপনীদা থাজিনখরগা, কৌবব পাণ্ডবকি নাক্তা চঙভগা হায় নথোই ময়াম্না য়েংনতুনা লৈরিবহুবু গুহা অতুদা করি তাখরবগে হায়রকই? দ্রোনবু উবদা এ-ব্রাহ্মণনিনা হায়নতুনা থুকপী, ভক্তদেব ঐথোইনা শারুজবা (লোহ পিণ্ড) য়োৎতুম ১ তাখরে, অদুগী য়েংমজরিবনা। দ্রোননা হায়রকই। অতু ওইরবদি নথোইগী তাখিবা য়োৎতুম অতু লৌথংপিগে ঐডোন্দা কবি পাগনি? ময়াম্না ব্রাহ্মণগী বিদ্যা য়েংনিংহনা য়োৎতুম অসিবু লৌথংপিরবদি ব্রাহ্মণনা হায়বা অপাম্বহু ঐথোই পিগনি। দ্রোননা হায় ইনা থুবাম অমত্তা থৎলকউ, চরোৎ মনা থুবাম অমা অর্জ্জুননা থৎলুরগা, দ্রোনদা লানসিল্লি।

দ্রোন থুংলিংথোদগী কোবি থুদোপ অমা লৌথোক্লগা, হায়রকই ঐগী কোবি থুদোপ অসিমু থাদথরগে? থুদোপ অসিগা য়োৎতুম অদুগা পুন্না লৌথকে মেংও, হায়দুনা থুদোপতু উংলগা তাইদা লংথখরে। চরোৎ মমাদু কিশি শমদুনা শমদুনা অদুম থাদখিবনা। গুহাদুগী লোথা

য়ৌনা থাদ্রের। মন্ত্রী পাঙন্না কোরি থুদোপ অহুম্ন লেপ্লিক্লে, য়োংতুম অহুম্ন ময়াইদা কাংজ্রিং ফাওনা ঙোঙগা কিশিন্দুনা দ্রোণা ইনাক পাইদুনা চিঙ্খংলকই। য়োংতুম্ন মথক্তা প্রুথংলগা ইনাগী কিশিংত লোথোক্লুনা য়োংতুমদা লেভিঙবহু শংতোকই। মন্ত্র শোল্লগা নানবদা ই লেংলম্বগী মই কাংবা নৈইহন্নবা। হাওজ্ঞা শিং নালহল্লি য়োংতুমহু পিরে; থুদোঙ শিক্লিনথে। দ্রোনগী বিন্তা অহ উবদা গুরুদেব ওহাক্ত সিদা লৈবিবমখো হায়রমগা চাম্বা মতাদ ভীস্মগী মমদা চেন্ন-শিনখিদনা পাও তম্লে।

মস্থশিঙ্গি পাও তাবদা ভীষ্মনা রাখন তৌবদা। বিদ্যা অদুদি দ্রোণ মতনা পৃথিবীদা লৈতে। নহান মখৈ থিবা থওজ্রিবা দ্রোণ গুরু লেচ্চক্রবা থন্দুনা ভীষ্ম মশুশিঙ্গা লাকপনা কাওজবুং য়োরকই। দ্রোন শিকং তেম্লোংগা ফমহুনা লৈরমী দ্রোনবু উবদা ভীষ্ম তক্তা কি য়েত্তুনা চৈথ তাবগুম্না দণ্ডবত কংলি। দ্রোননা ভীষ্মবু কোনথংলগা কপমিন্নখ্রে ভীষ্ম কৃপী। তপবন্দা হচা য়োকপদা ইমানগবা মীমান্নবা তমদ্রনা থরা নংলে। হস্তিনাদা নোংমতন্ন য়োরকপা তমখিদরে কৃপ ইশেপ মঙ্গল ওইরিবরা? গুরুদেব কৃপাচার্য্য মঙ্গল ওইবি। গুরুবু ঐথোয়না থিজবদা মফমসিদা লৈ হায়বা থওতুনা লৈরবনি লেংশিল্লসি ভীয়না দ্রোনবু রাজসভাদা পুশিল্লক্লে, দ্রোন গুরু লিক' তেন্দোং পুহনা রাজ দরবারদা থুওরে। দ্রোন সভাবু নোল্লগা হৌগত্তনা পাথোম থাংগৎলগা আসির্বাদ তৌরকই, অন্ধরাজ আসনদগী কুমথহুনা দণ্ডবত থুকমী। দ্রোনগী আসন কত্তুনা মতিক চানা পুজা কংলি কৃপাচার্য্য দ্রোনবু উবদা চেনশিল্লকুনা থুরুম্মী। কৃপবু কোল্লগা কপতুনা হায়রকই হে কৃপ, নচেম কৃপীনে ঐগী আশ্রমদা উইহ চাঙনা লাই নিংহুনা লৈবনি, নচেমগী গর্ভদা নমাক অমা কংঙরে। নমাক চাওরক্রহুনা তপবন্দা থন্ন খুদাং চাঁরোইদোরে; নমাকসি পোকপদা অমর ওইনি ফাওরিবনি। মমিং অশ্বত্থামা কৌ হায়না আকাশবানি লাওরকই মরম অহুদগী ইবাইনা লাক্লবনী। মতম ওইরে নং ঐ তাম্নহুনা নমাক অসিমতদি মতিকচানা শেম্বানবা হায়না নিংতুনা পাক্লবসিনী। দ্রোনাচার্য্যগী রাইহে তাবদা, কৃপাচার্য্য মচেমগী নাক্তা চেনকুনা গন্ধারীগীদা উনরে মচিমমোপা ক মিন্নবে। কৃপ মমাকপু কোল্লগা চুপ্পী হৌজিক্তি হস্তিনাদা লৈরসি ঐ শিঙ্গকখিগে হায়বগা দর-বারদা থোকখ্রে কৃপ নিংথৌ মন্ত্রি তানহুনা দ্রোনগী লৈকম ব্রহ্মঘরদা শিন্নথরে। ভীষ্মনা মশু চাম্মগা মভাবু দ্রোন্দা পুশিন্দুনা ওঝা বরিগনথে; ধৃতরাষ্ট্রনা দ্রোনগী ব্রহ্মঘর রাজ বন্ধান কংথরে। দ্রোন হস্তিনাদা কৌরব পাণ্ডবকী ওঝা ওইহুনা ধনুর্বিদ্যা তম্বীবা হৌখি। দ্রোনগী বিদ্যাহৈবা তম্বীবা ফবা মগুণ অসি মথং মথং শন্দোকখিহুনা পৃথিবী পুম্নমক তানখি।

বিদ্যা পাম্বা মিংথৌমচা কয়া লাকুনা, দ্রোন্দা তম্মরখি নোংমা জোরা চাম্বা মভাবু তম্বীবা হৌরকপদা। লোইনা কৌশিল্লগা হায়রকই। ইচাশা দ্রোন ইপানা হৈবা বিদ্যা পুম্নমক নথোইদা লোইনা তম্বীগে; অহগা ঐনা নিংবা অমতং লৈ মহু ঐনা মতিক চারবা মতমদা নথোইদা হায়রকে নখোইনা ঐনা হায়বা থবক্তু পাংথোক্লনি হায়রহুনা অমুক্তা রাশকউ? দ্রোনগী রাইহে তাঙ্বা শিষ্য

পুম্নমক তুমিন্না মরু লুতুনা লৈ। অর্জুনতদি দ্রোণগী মাংদা হায়জখি। গুরুদেবনা তাকপিরকপা রাথংবু সত্যনা সাক্ষি ননাই লেপ্পা ওাকচগনি; অর্জুনগী রাশক তাবদা দ্রোন পেল্লগনা অর্জুনবু চেৎনা কোল্লগা; হন্না হন্না লাইপক্তা চুপখি। মসিং অহুদগী অশ্বথামাগা মরূপ শান্নহন্দুনা মগামক্ত্রী হান্নবা প্রেম হাপত্রে অর্জুনদা হায়খি; হে - সত্য অর্জুন নঙোন্দদা ঐনা হৈবা বিদ্যা লোইনা থারগনি; থরাই রাওনা তম্ হায়খি। অসুন্না দ্রোন্না নিংথৌমচা লাকই লাকইবা পুম্নমকপুম্ন তম্বী; দ্রোনগী গুণ তাবদা বিদ্যা পাম্বা অখিরথগী মচা কর্ণ, লিকং অমগা তেন্দোং অমগা দ্রোন্দা তমগে হায়হনা লাকই। কর্ণনা য়োরকপদা ময়াম তম্বীরম্মী দ্রোননা মরাম তম্বীরকপঙ্ক য়েংবদা অর্জুনবু গুরুনা খাইদগী হেন্না প্রেম লৈবা চেকশিন্না তাকইবত্ত উই। কর্ণনা খল্লি ঐনা দ্রোন্দা থন্নহুনা অর্জুনদা লৈবিবা প্রেম অসুন্না লৈবদি ওইররোই; অহুনদি ঐনা অর্জুনগী মথাপোনবা তাই, অহনদি দ্রোন্না হৈরিবা বিদ্যা অসি পরশুরামদা তম্বনি। ঐসু পরশুরামদা তম্বরগে দ্রোন গুরুনা হৈরিবা বিদ্যা অসি অমুক্তা তানবা কংবা ওমত্রা? য়েংলগে থল্লক্রুতমা কর্ণ হনখ্রগা মমা মপাদগী বিদাব নিরগা। চেংঙ্গেন পুহনা পদরিকা শ্রমদা যাত্রা তৌথি। মসিং কয়ানিমুক্তি মতুংদা যমুনা রাংমগী বন মনুংদা লৈবা হিরন্যধনুগী মচানিপা একলব্য কৌবা, নিষাদ জাতিদা পোকপা নিপাহু দ্রোন্দা খুৎলাই তান্নংহুনা লাকই। দ্রোনগী চরন্দা দণ্ডবত ভক্তিনা খুৎমজরগা হায়জে, গুরুদেব ননাই ঐবু গুরুনা ধনুর্ব্বিদ্যা তম্বীযু; ননাইনা ওমজবা গুরুগী দক্ষিনা কচ্চগনি। দ্রোনাচার্য্যনা হংই, পিতা নাম করি কোই, কথম্বা জাতিদা পোকপা নংগী নমিংনা করি কৌই, একলব্যনা হায়জে, নিষাদ জাতি হিরন্যধনুগী মচা, ইমিংনা একলব্য কৌই। দ্রোন্না হায় একলব্য নংবু ঐনা তম্বীবা ঙম্মোই, ঐদি রাজকুমার ময়াম তম্বীরি। নংনা জাতি হন্থবনা ময়ান্না তিন্ননিংদে হাবরকলবদি, ঐঙোন্দা মাংই, নং রারোগস্থু কনাওবা ওঝা অমদা তম্মুরো হায়হুনা রাঙ্গে।

একলব্য মমিত্তা গঙ্গা ঈহোরকপগুমংদা পি শিন্থহুনা মবুকনিংনা দ্রোনদা ওঝা বরিজরগা দণ্ডবত মঙারক কত্তুনা গুরুগী পদধূলি মিজরগা! মাগী আশ্রম বন্দা হল্লক্রুমা লাইশং মচা অমা শারে। যমুনাদগী মৃত্তিকা পেকথত্তুনা দ্রোনগী মূর্ত্তি অমা শাবগা। নিষাদগী ফিজেৎ থাংদাক্তুনা ব্রহ্মচারীগী ফিজেৎ শেত্তুনা দ্রোনগী মূর্ত্তিহু লাংথরে। চাদ থক্রুনা ব্রত কত্তুনা যোগ আসনদা ফমলগা। দ্রোনগী নাব শোন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈখি। মতাং অসি য়োরকপদা রারা তারিবা জন্মেজয় নিংথৌনা হায়জৈ, মুনিদেব অমুক্তা ওাইবিথো, একলব্যনা দ্রোনগী মূর্ত্তি লাংলিবহু করম্ব কৃপা কংবগে? অমুক্তা লিবিথো। বৈশম্পায়না হায় তারো মহারাজা, একলব্যনা (একান্তিক) পুক্নিং অমত্তা ওইনা লেপ্পগা, ব্রত কত্তুনা গুরুবু নিংজরিবা অসিবু, শ্রীহরিনা পেনবি। মমিং মুংলমদাইগী পুং অমমম, দ্রোনগী মূর্ত্তিংদা শ্রীহরি লেংশিন্দুনা শাক্ষাৎ দ্রোন ওইমা লেংথোকললগা, একলব্যদা হায়রকই। একলব্য নংগী ভক্তিদা দ্রোন ঐ থাংবা ওমজরহুনা লাক্লনি, ঐনা নংবু লিতিগী-ওসিগী মতম অসি কায়দনা লাক্লগা, পুং অমমম তম্বিগে হোৎনবু। গুরুবু শাক্ষাৎ দর্শন ফংলবদা গুরুবু, খুৎমজরগা তমজখি, পুং অমা তম্বীরমলগা লাইমুংদা লেংশিনজি, দ্রোনগী

খুত্তি থনমলগা ভসবাম লেংখি। অমুম্না থা অহম ভদীবদা মন্ত্র বিদ্যা লোইনা হৈংহল্লগা হায়রকই, একলব্য মতম থরা অমুক লেপখিসি হায়মম্লগ শ্রীহরি লেংখি। অমুম্না একলব্য বিদ্যা পুরনক প্রসিদ্ধ ওইনা হৈখি ; মাশিনা রাজা জরেশ্বর গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী মশকমি হায়না মিংগনি, গুরুবু লিংলগা কৃষ্ণনা পেজি হায়বগী শাক্তিনি।

খোংমদি হস্তিনাগী মচিন মনাও ১০৫ মা শাতই পুত্তুনা একলব্যনা দৈবা বন্দা শক্তি তানবা লাকই, হুই অমনা মাং থাহনা শাগী মনম খিত্তুনা লাকই। একলব্যনা গুরুবু ধ্যান তৌরিবত্থ থেংনকরে, একলব্যবু উবদা হুইত্থ লাক্ল্ লাক্লা খোঙুরে। হুইনা লাক্লা খোংবহদা একলব্য ধ্যান কাইহনা য়েংই, হুইত্থ খোংহল্লরোই থন্দুনা লিকং লিরিদা জুরিহনা তেম তরেং কাপ্লগা ! হুইগী মথম্রাত্তা খোংবা য়াদনবা কবাক থল্লি। তেজিয়মম্ভু যুহন্দে হুইত্থ খোংবা য়াদ্রে, একলব্য ধ্যান্দা অমুক ফমখি, হুইত্থু মপুগী মাক্তা হনখি, হুইগী মরাদা তৌরকইবা বিদ্যা অহ্থ উবদা ওক্রহনা ! একলব্যগী মফমদা চংওক্তুনা হংই। মহাশয়বু মিং করি কোবগে ওঝা কনাদ বিদ্যা তম্বগে, হুইগী মরাদা তেম্না কবাক থল্লকইবসি মহাশয়ম্না ?

একলব্যনা হায়রকই রাজকুমারশিংবু ঐগী ইমিংনা একলব্য কৌই, গুরুদেব দ্রোন্দা তম্মজে। হুইত্থ ঐনা নাম শোনবা য়াদ্রহনা খোংদনবা তেম্না কবাক থন্দুনা থাখিবা; লৌথোকপীয়ু শোক্লোই মচাইবুঙেঙাশিংনা থর হন্দোক্লগা তানবীয়ু। অত্থদগী চাম্মগা মতাম্থ শক্তি তানবদগী লোইহনা হজিনখি অর্জ্জুনন্দি দ্রোন গুরুদা কপ্লুরে, দ্রোম্না হায় অর্জ্জুন নংবু করি নমিং থুংদবা লৈববগে ? কপকপ্থু ইপাদা হায়য়ু। অর্জ্জুনা হায়জে গুরুদেব নহানমখৈদি গুরুনা ঐথোইগী ইমা'দনা তম্বীরোই হায়দুহনা থাখ্রগা লোম্না তম্বীহনা ঐথোইদা লাকপিদবা। অকবা বিদ্যা মথৈনা একলব্যদা তম্বীবা। মাগী মথা পোম্নবা গুরু থনবা কায়দ্রে ; ননাই প্রান থাজথ্রুগে হায়হনা ওনথোইমা কপ্লে। আর্জ্জুনগী মতৌ উবদা দ্রোন মুঙঙাইরহনা একলব্য উন্নকসি হায়হনা আর্জ্জুনবু পুহনা একলব্যগী মফমদা থুঙগরে। একলব্য গুরু লেঙলকপত্থ উবদা, দণ্ডবত মতারক কংতুনা দ্রোমগী চম্বন্দা থুক্রুম্মী। দ্রোম্না য়েংবদা একলব্যগী গর্ভদা লৈরিবা বিদ্যাগী মতান্দু দ্রোন মানা হৈতবা বিদ্যা কাওব' লৈরে। দ্রোম্না হায়রকই একলব্য নংনা হৈরিবা বিদ্যা অসি ওঝা কনাদগী তমদুনা হৈবনো ? মিনমগম্থ শেংনা হায়য়ু। একলব্যনা হায়জরকই গুরুদেবনা লাংশং মম্থুংদগী লেংথোকপীরক্লগা ননাইবু পুং অমমম তম্বীহনা হৈজবা অসিদগী অতোপ্পা ওঝা অমদগী বিদ্যা অমত্তা তমজরুদে। রাদ্রু তাবদা দ্রোননা হায়রকই, অদুদি একলব্য ওসিদি ইপা গুরু দখিনা নিরগে। একলব্যনা হায়জৈ গুরুদেব ওসি ননাইগী রাইফবা মুমিং থোক্লে ; ননাইনা নরাযন তৈল চফু অমত্তং থমজরি মাসি লৌবিরগা অমুক্তা স্নান তৌবিখো। অত্থগা দক্ষিনা কচ্চগে। দ্রোননা হায় অদুদি থাওদ্রু পোরক্লো স্নান তৌরুরসি ; একলব্য মাগী উনাগী থাংপোক মনুংদা চেকশিননা থমজরিবা থাও অদুরু লৌথোকউরগা। থাও চফুগী মনা শাইদুনা লিরুং তেন লোইননা ; গুরুগী তুংদা থোগল্লগা যমুনাদা স্নান তৌগদবগী, কুমথরক্লে। দ্রোননা মাংদা, একলব্যনা ময়াইদা আর্জ্জুননা তুং থংদুনা লাকপদা, থংহৌদনা মুংশিং

আশ্বি অমা শিংলকতুনা দ্রোনগী মপাদা উজাও অমা ময়াই থিগাংদা তেজুনা হায়খরক্লে। একলব্যনা থাও চফুত্থ রাংমা থাজংলগা, থাদোকই তেন শংতুনা কাপলগা হায়থরকইবা উ, অহুবু ককতুনা মাক য়েং ওইদা থাদখ্রগা। থাও চফুত্থ লৈবাক শোককদবা হুই অমা য়াংলিন্নৈদা মনা পাইজনা ফাখি; দ্রোন উনা মন্দুনা শিবা তারবদগী কনখিবত্থ উবদা দ্রোম্না হঙ্গকই। আর্জ্জুন অনম্না ঐবু কল্লিবসে? আর্জ্জুন্না গুরুদেব ননাই একলব্যননি, একলব্য থাও অত্থ লংথোকখ্রো। লৈবাক্ত তারবদি লৌররোই একলব্যনা হায়জৈ থাও অসি রাংনা থাজংলগা থাদোকতুনা ককলগা! লৈবাক তাদবিঙৈদা ফাবনা হালহৌই য়াগনি গুরুদেব দ্রোম্না হায় আর্জ্জুন নং উহৌব্রা? আর্জ্জুন্না হায় চুম্মী গুরুদেব উজহৌই। দ্রোন পেনখি যমুনা য়োরক্লে নরায়ম তৈলবু হকচাংদা তৈরে; দ্রোন স্নান ক্রিয়া লোয়রে একলব্যশু স্নান লোইজখ্রে। দ্রোম্না হায়রকই একলব্য নংদি ঐনা তমবীবা নত্তে নঙ্গী গুরু ভক্তি অচেৎপত্থ উবদা সর্ব্বস্বা শ্রীহরিনা; গুরুগী রূপ ওইহুনা তমবীবনি অত্থমক ওইরবসু নঙ্গি ওঙ্গা হায়বত্থদি ঐনি, নংনা ঙসি শিবা য়াবা থোংকমদগীসু কল্লে· নঙ্গী থম্মোয় অশেংবত্থ উবদা ঐ পেল্লে নংবু লাও ইপা কোনগে। একলব্য অষ্টাঙ্গনা দ্রোনগী খুয়াদা খুরুমজৈ দ্রোননা চিংথৎতুনা চেংনা কোল্লগা। লাইবক্তা হম্না হম্না চুপ্পী একলব্য নংদি তম্বা তমদবা নাইদনা দ্রোন ঐনা হৈবিবা বিদ্যা পুম্নমক ও লোইনা প্রসিদ্ধ ওইনা হৈজরো অন্তগী মতমদা কৃষ্ণ কৃপা ফংতুনা মুক্ত ওগদৌ। দ্রোনগুরুগী থোজান ফংলবদা একলব্যনা হায়জৈ গুরুদেবগী কৃপা ফংজববা নমাইনি; কুবেরবু জয় তৌরগা লনগী দান, পৃথি জয় তৌরগা ভুমীদান দখিনা কৎপা ঙমজগনি। দখিনাবু করি কৎচো হায়বগে তাকপিয়ু।

দ্রোম্না থল্লি মাসি পৃথ্বীদা লাম্বা লৈবরোই। মীনা লাম্বা য়াম বা থনস্মুগে থন্দুনা। দ্রোম্না য়েংকী খুবা নিরে একলব্যনা কতুনা কৎলি, দ্রোনগী পাদক লৌজৈ। দ্রোন অভজনগা কল্লকই লম্বীদা দ্রোম্না হায়বকই আর্জ্জুন একলব্যদি কৃষ্ণগী কৃপানা হৈবনি অত্থক গুংশিত্রবা ভক্তি লৈবা একলব্যগী খুবা নিরকইবসি। নঙ্গিদমক্তা থন্দুনা নিরকপনি। মাসি থংনা হোংনজো অস্মুম্না হায়খি, আর্জ্জুননা ঐবু গুরুনা অসুক প্রেম লৈবী হাযবগী ঙমথৈ থঙত্থনা থরাই কংনা থঞ্জখি। অসিগুম্বা আদি পর্ব্ব মহাভারতকী য়ারী অসি শ্রীবেসব্যাসনা লেংখ্রবা অমৃতগী ইচেনগুমলবা য়ারীবু সতাগী ননাহ পাংদরবা শ্রী৺মনি সিংহনা মাতৈলোদা ইজরি। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল। মতাংসিদা শ্রী৺মনি সিংহ পণ্ডিতকী ইবাবখা শরক লোইরে।

---



## অধ্যায় :—

## পাণ্ডব কৌরব দ্রোন্দা খুৎলায় তম্বা ভীমনা কুয়াক তানবগী য়ারী মতাং ॥

অধ্যায় অসিদগী শ্রীতখেলচংবম ৺কৃষ্ণমোহন শর্ম্মা পণ্ডিতকী ইবিরম্বা য়ারীগী শৈরেং শরুক হৌজরে। সৌতিনা হায়রৈ তাবিয়ু শৌনকচিংব মুনি মহাত্মাশিং ভারত পূরাণ লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়; তারো রাজা জন্মেজয়। কৌরব পাণ্ডবনা দ্রোনাচার্য্যদা খুৎলাই তমলকপসি দ্রোনা মচা অশ্বথামাবু তম্বীনবা অদাংবা মতম লৈরদুনা, নোংমদি ইশিং শোকউ হায়দুনা য়াথং পি। ছাত্র ময়ামদু পাত্র পাইদুনা গঙ্গাদা ঈশিং শোকপা চৎমখি। অদুগী তালদা অশ্বথামা মচাবু অরু অরুবা খুৎলাই তমবী। আর্জ্জুনদি বরুন মন্ত্রগী গুনা পাত্রদু ঈশিং থন্না হাপলগা গুরুদা কংশিন্নগা অশ্বথামা তমবীবদসু অদুম য়াওই। ময়াম ঈশিং শোকপা হল্লকুনা তম্বা য়াওই, আর্জ্জুন্দি অমুক খুংবিন মুমিদাং গুরুবু গুকথা থাদোকুনা থন্নি অদুনা আর্জ্জুনগী খাইদগী চেকশিন্না হৈবা হেন্নি। দ্রোনা লক্ষভেদী বিদ্যা চামা মথাদ তমবীরগা, ভাসপক্ষি উকতুনা উমাইবী মওং মানবা। উচেক অমা শারে। উজাও পামবী অমগী মথক্তা উশা অমদা য়োংপী থাজিন্দুনা তোংহন্নগা থম্মী। অহানবদা যুধিষ্ঠীরদা লিরুং ১, তেন ১ পিরে, দ্রোনা হায়রকই যুধিষ্ঠীর উথক্তা লৈরিবা ভাসপক্ষিবু মুমনা য়েংদুনা নিশান থাগনি মিংয়েং চোয়রোয়দবনী ঐনা হুরেন হঙঙক হঙঙকপদা; নংনা খুম্মককদবনী ঐনা য়ারে কাপ্লো হায়রগা কাপতুনা ভাস পক্ষিগী মঙক ককদবনী। যুধিষ্ঠীরবু লম ৫০০ লাপমা লৈহন্নগা নিশান থাহন্নি দ্রোনা হঙঙকই যুধিষ্ঠীর করি উবগে, গুরু উজাও পামবীগী মশা মনা লোইনা উই, ভাস পক্ষিসু উই। দ্রোনা অমুক হঙঙী করি করি উরি। গুরু ভাসপক্ষিগী মমৈ উই উগী মশা অপুম্বা মতো ঙ্গী মখোং ফাওবা উই দ্রোনা হায় মিংয়েং চোয়গন্ন মুননা য়েংউ। ঙহাক লৈরগা অমুক হংই ইবুঙোহল করি উরি। গুরুদেব ভাস পক্ষি উদরে গুরুবু উই, ইনাওশিংসু উই উজাও পামবীসু উই ঐবুসু উই দ্রোন শাওদুনা যুধিষ্ঠীরগী মখুত্তগী লিরুং তেন মুন্নগা চংখোকউ নংনা মীওইবা হৌনদে ভাবক ওইরু দুর্য্যধনদা অমুক লিরুং তেন পিরে। দুর্য্যধনসু অদুমঙাই মথং মথং ১০৪বু য়েংহন্নি। অহৈবা নিশান থাবদা চুববা অমতা য়াওরে। অকোনবদা আর্জ্জুনদা লিরুং তেন্দু অমুক পিরগা য়েংহন্নি আর্জ্জুন লিরুং তেন্দু জুরীরগা নিশান্থাদুনা য়েংই, দ্রোনা হংঙী আর্জ্জুন নংনা য়েংবদা করি করি উবগে; গুরু পামবীদা তোংলিবা উচেকো উশা অদুগা উই। ঙহাক লৈরগা অমুক হংঙী করিউই, আর্জ্জুন গুরুদেব উশাদু উদরে উচেক উরে, ঙহাক লৈরগা অমুক হংই উচেককী মশা উদরে মঙক্তা মমিং ২গা অদুবু উরি।

দ্রোননা হায়রকই মায়ে কাপ্পা, উচেকী মওক ককতুনা থাদরো, অর্জ্জুন তেন কাপ্পগা উচেকী মওক ককতুনা থাদরে। দ্রোনাচার্য্যনা অর্জ্জুনবু কোল্লি চুপ্পী হন্না হন্না থাগৎলি চামা মতাবু (লক্ষভেদী বিদ্যা) পরিক্ষা তৌবদা অর্জ্জুন মতোমতমক ওমই। গুরুনন্দোন অশ্বত্থামাসু চুমই, অমুগী মথাংদা আকাশ ভেদা, পাতাল ভেদী, জলভেদী মনভেদী, শব্দভেদী বিদ্যাশিং অসি অশ্বথামা অর্জ্জুন অনিদা তম্বী। মল্লযুধদা চেকশিন্না হৈবা গদাদসু ভীম দুর্য্যোধন অনিনা খ্বাইদগী হেল্লি। শগোল্দা হৈনবা তাদা হৈবনা নকুলনা হেল্লি, থাওদ হৈবনা সহদেবনা হেল্লি। মতৌ ফজবা লৈতেংদা হৈবনা যুধিষ্ঠীরনা হেল্লি, মতৌ অসুম্না দ্রোনাচার্য্যনা মানা মানা হৈনবা বিদ্যা অদু লোইনা পরিক্ষা তৌরে। নোংমদি দ্রোন্না নোংঙাল্লমদাইদা অশ্বথামাবু হৌদোক্লগা! ব্রহ্ম মন্ত্র তম্বী। মুমিং অদুদি অর্জ্জুনসু থাবল ফবা অমদা নোং ঙানগদৌরমাল্লে নিংদুনা লাকপদা নোং ঙাল্লদুনা গুরুগী মাঙোল কাচিন্দা ফম্না কোইশিন্দুনা হিপ্পগা লৈরে। গুরুনা মচা হৌদোক্লগা ব্রহ্ম মন্ত্র তম্বীবসি, অর্জ্জুননা তাবদুদা লোইনা ফারে। অশ্বথামাদি অমুক হেক উইথৈ, দ্রোন্না হৌদোকই, অমুক হেক পাংথোকই মন্ত্রনা থম লুবগা ফাবা ওমদ্রে। দ্রোননা হৌগৎলু মন্ত্রদু ঙসি ফাত্রবগ খুৎকাপ তম্বীগে হায়দুনা দ্রোন হৌগৎথরে, অশ্বথামাসু হৌগত্তুনা মপানদা থোরকতুনা দ্রোননা খুৎকাপ তম্বীরকই।

দ্রোন্না অশ্বথামাদা তাকই নিরুং অসুম পাইনি, লিরী অসুম চিঙনি, মিংয়েং অসুম য়েংগনি, ফিভম অসুম লেপকনি, ফিদুপ অসিদা কাপকনি, অতৈগী খুকাপকা ব্রহ্মশিরগী খুকাপকা মান্নদে। মাদি য়াম্না লুই অমত্তা শোইবা য়াদে, অসুম্না তাকপদা অশ্বথামা ফিভম তাবা ওমদরে. অর্জ্জুনদি মাঙোল কাচিন্দা তুমিন্না য়েংবদা লোইনা ফারে। অশ্বথামানা কামল্লক্কবা অদুদা দ্রোননা শাওদুনা, লিকং মুল্লগা চৎল্লো য়েংলিংঙে নং পাংমনদে, অর্জ্জুনইচা ওইববি ঙশাইনা কারগদবনি খায়রগা হা— অর্জ্জুন হায়না হেক্কশোল্লকপা মতম অদুদা; মাঙোন কাচিন্দগী অর্জ্জুনদু চেনসিল্লক্লনা গুরুদেবা ঐ লাকচরে হায়দুনা খুরুমই। অর্জ্জুন উবদা দ্রোন খ্বাই লাওথ [illegible] হংই, অর্জ্জুন নং কয়া কুইরে লাকপা? অর্জ্জুননা হায়ই, গুরুদেবনা ইত্তাও অশ্বথামা হৌদোকপা অমদা ঠৌজরকপা ঙহাক ওইরে। দ্রোন্না হায় নং ঙাল্লাই মথৈ কদাইদা লৈ গুরুদেব মিৎকপ থোক্লকপদা থাবলনা য়াম্না ঙানলম্বদুদা নোং ঙাল্লবোই নিংদুনা লাকপনি, সিঙোরকপদা ঙাল্লবদুদা মাঙোল কাচিন্দা [illegible] কমদুনা লৈজবনি! দ্রোননা হায় ঙশাই নত্তাঙদা তাকপও, নং তাহৌবর, [illegible], কাজহৌরে, দ্রোননা হায় অমুক্তা হায়দু [illegible] ইকা তাচ্চগে। অর্জ্জুনন ব্রহ্ম [illegible] হং ব্রং হায়দোকলকই; অর্জ্জুনগী মমুক্তি ফবদু উবদা দ্রোন পেনখ্রদুনা [illegible] ইকাইদ, ঐনা নত্তোন্দা তম্বীনিংঙবা ইচাদবু হৈহননিংবা লোন্না তম্বীবা মাল্লে। মাসু থল্লুগা ব্রহ্ম মন্ত্র অসি গুরুশিংনা, ফেত্রিদা তম্বীনরম্মে। অদুবু নংদি ইন্দ্রগী শক্তিনা ওইরকপনি, পাত্র চাবদা হায়দি দোষ লৈররোই কুপা লৈরমদুনা নংনসু তাবদা ফাজরম্মে। ইপানা ঙসিমথৈ নত্তোন্দা পিবগে ব্রহ্ম অস্ত্র হায়বা খুৎলাই অসি তেল ওইনা শাদুনা লৈবা নত্তে; মন্ত্রগী গুনা ওইবনি তেনজম অমদা ওইরবগু ইকা অমদা ওইরবসু ব্রহ্ম

মত্র অমিনা নির্দ্দাৱ কৌরবগী ব্রহ্ম অস্ত্র ওইরনি। ব্রহ্ম মন্ত্রসি হৈরবা মী অমত্তু থমোইদা ব্রহ্মগী মঙান তাকয়া, ব্রহ্ম মপক শংঙবা মীনি, হায়না খংনগনি। ব্রহ্ম মন্ত্রসিদি সাধ্য সাধনগী মতুং ইন্না মথন করাগী শক্তি লৈবনি।— মাহুত্র শুয়লপা হায়রগে তাও, যোগিশিংনা বগ সাধনা ব্রহ্মানন্দ ওই ব্রাহ্মনশিংন সাধনগী পান্দলনা সিন্নরেন্দা হায়দোক্লকপা য়াথংদা উং ওইহুনবা ঙমই। যজ্ঞদা ব্রহ্মঅগ্নি শিজিন্নবা ঙমই, থত্তু বিদ্যার্থী ওইবশিংনা খুলাই ওইনা কাপতুনা য়েক্লবা জয় তৌবা ঙমই। তান্ত্রিক সাধন তৌবশিংনা য়েক্লবা মাংহল্লী, তৌনিংবা থবক কয়া ঙমই। মাদি তেন ওইনা কাপতুনা শিজিন্নবদা ব্রহ্মগী ফিরেপ স্মরগী ফিদুপ কাইবা য়াদে, অদুগা (সম্বরণ মন্ত্র) খুমুক হৈত্রবদি মশা মাংবা! অৱাবা কংই। দ্রোণনা-চার্য্যনা চেকশিন্না অর্জ্জুনগী মফমদা ব্রহ্ম অস্ত্রবু সম্বরণ মন্ত্রগা কোন্নানা তম্বীরে দ্রোননা হায় অর্জ্জুন অচম্বা মীগী মফমদা কাপকত্ত তৌহৈদে। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় রাজা জন্মেজয় নবুধো ১০৫ না বিদ্যা তম্বগী মগুং অসিদা. ওইথিবা নবুধো ভীমগী রাবী অমা লিরক্কে তারে। কৌরব পাণ্ডবনা কয়া বিদ্যা তম্নরকপা মতম অসিদা নোংমা গদাবাগ তম্মুবদগী ভীম ময়ুমদা চাক লায়া মতোমদা হলকপা হস্তিনা কাঙজেবু মপাদা কুরাক অমা ভীমগী মমাই মপাদা! কাতুকারন পাইরগা য়েংথংবা লেংবান্দা তোংই; ভীমনা ফাগে তৌবদা অমুক পাইখোকখিহুনা কুরাকতু মিং মপাদা! কাতু কারন পাইরমলগা থাওনম পাখী অমাদা তোংখ্রে। ভীমতু চাকা লাম্বাহুদা কুরাক অহুনা অংনরিখসি হায়না থল্লহুনা, পাণ্ডবদগী কুরাক হাংলগে মিংহুনা গদা হায়রথরকই। গদাগী শউম তুংশিংনা পাইখোকখিহুনা অমলা অমুক তোংই, ভীমনা অমুক তাল্লহুনা গদানা হায়থৈ, গদাগী মনিঙ্গা অমুক পাইথি। মতৌ অসুম্বা তাননবসি কুরাকু চাংপা য়াদ্রহুনা কাংজৈবুংদা অতুম কুরাকা ভীমগা লৈনহুনা লৈবসি গুম্মিং য়ুংবা মতুং পুং অমা তাখরে। ভীমনা হায়রকই হে কুরাক তংগু হাংত্রিমথেদি, সত্যনা শাখি, এ য়ুমদা হজিলরোই। রাশক্তুনা ভীমনা তাম্নরকপসি, গুংশিংনা পুথিহুনা কাংজৈবুংগী চিথৈ পাংবা সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণনা চেকপান্দা পাইশিনখি।

ভীমশু চেকপান্দা চোংশিন্নক্তুনা কুরাকপু তাম্নরকথি কুরাক অতু সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণ লাক্নরবগী মমাং ময়া মথাথংবদা হঙ্গাম থাংজিং মানবীহু থৈদোম অমা থায়। হঙ্গামতু য়াম্নসু থৈ, কুরাকতু পাইশিন্নথিহুনা হঙ্গাম পাম্বীদা তোংই, ভীম চোংশিন্দুনা গদানা হাথিথবদা পাইপোকই। অমদা তোংই ফুই; পাইরোকই তোংই ফুই, অসুমনা গদানা ফুদেকতুনা হঙ্গাম থৈদোম অদমা তুমলে। ভীমগী শব্দ তাবদা সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণ ইমুংদগী চেম্থোক্লকপদ মাগী হঙ্গামতু পান্থবগী [illegible] হায়রকই, বৃকোদর ইপাগী হঙ্গাম থৈদোম অদুদি; ঠাকুর সেবা পুনস্বিনি। [illegible] কুদত্তুনা মাংহনলিবনো? ভীমনা হায় অজ্ঞা ঐনা কাংজৈবুদগী কুরাক হংকে তাম্নর [illegible]নি। [illegible] পাইশিনখিহনা হঙ্গাম পাম্বীদা তোংই; ফুবদা হঙ্গাম লোকখিবনি, অজ্ঞা কুরাকসু [illegible] লোইরে। ব্রাহ্মণনা হায়, য়াইমা গদানা ফুবদা কুরাকু শিরয়োই, চেক্রুক পাম্বীহু অমা ফুরপা কল্লু শিগনি, ভীমনা চেক্রুক পাম্বী অমা ফুরপা ফুবদা কুরাকতু শীরে। ভীম চেনশিনখহুনা ব্রাহ্মণগী চরন্দা খুকম্বী, অজ্ঞা কুরাক হাংপগী ওয়াদি হসি অমাদা ওইরে ওবাগী মকনা কংনবা পৈশা লিকোন্দি য়াওজদে থবক ওইনা শুক্রবগে, কবি অতো তাম্নবরে, তাকশিয়ু। সুশর্ম্মানা হায় য়াইমা দক্ষিনাদি পাইরি, ইপাগী হঙ্গাম থৈদোম য়াংশল্লুরহু

কমদৌনি, ইপাগী ইংখোল্দি অতৈ এল্লাং মাপী অমা হৌদে অহুতনা। নিতিগী ঠাকুরগী সেবা পুনর্বিবনি। ইপাদি লাইরৈ ঠাকুর সেবাগী এল্লাং লৈনিঙাই পৈশা লিকোলদু লৈজদে, মহাকবক্তা ঠাকুর সেবা মুৎপা ভারে কমদৌনি। ভীমা হায়রৈ অজ্ঞা অদু ওইরবদি মনাই অজ্ঞাগীদা মিনাই ওইরদুনা লৈজরগে নিতিগী ঠাকুর সেবাগী বন্ধান শোয়দনা ঐ লাংজনি। অজ্ঞাগী হঙ্গাম অমুক থাহনা হায়গী অহুমমা কত্রিকাওবা। অজ্ঞাগী থবক শুদুনা লৈজরগে।

সুশর্মনা হায় য়াইমা নংদি নিংথৌমচানিমা, ঐগীদা মিনাই ওইবদি কোমুংলোমদগী বেন্না লাকওইগ্রা। এ- অজ্ঞা মাহ ঐনা য়ারগা লোইরে, ঐগী দায়িনি। করে য়ায়মা ইপা ইচা লৈমিন্নরসি, অহদি অজ্ঞা মিনাইগী চাক থোঙৎপিরো চাক ভাইবা ওইনা, লৈপাক তৌঙ্গগে য়োংপাক অমা পিয়ু ভীমদা য়োংপাক পিয়ে থৌরাণীবু চাক থোঙ্গৎহল্লে, ভীম লৈপাক শুবা হৌথরে ভোথাইবগা থুগাইবগা পোংথাবা য়ানবা। মওংদা ওইরকই। ভীমগী চাক অহু চেং উত্তোং তরামূক চনবা কোর্ফু অমা থম্মা থোঙেঙ, চাক লোই-রতুনা সুশর্ম্মানা য়াইমা চাক লোইরে থবক থারো, হাম্না প্রসাদ ফঙঙথো। ভীম থবক থারে স্নান তৌরে, তিলক ধারণ লোইহুনা, চাথুনদা চঙঙী:থৌরাণানা চিরি চিরি লাংজরম্মীবদু উবদা। ভীমনা হায়রকই। ইমা থৌরাণী চেং লৈত্রবরা ! য়াইমা চেং লৈত্রে, চাক ওক্লরোইগ্রা, থৌরাণী ফৌদি লৈত্রা য়াইমা ফৌদি নিংঙৈ মচা অমা স্নামহি কাদা, থিল্লিবসি ফৌ মোন কুন্থ্ মরুমদং হাপচরি। অহদি ইমা থৌরাণী চেং ওম্থোক্লসি, হো অজ্ঞা লেংশিল্লকও য়া ভানগদবা অমা লৈরে। সুশর্ম্মা চঙঙকই। য়াইমা কম্নিনো অজ্ঞা চাকথুমদা লেংশিল্লো, অজ্ঞানা থোংবিবা থৌরাণানা থপ্পগা চেং খৈবগী শরুক, ঐনা ফৌ শুবা হানবা ভান্নসি। ভীমসেন কৈদোনবা, অজ্ঞা মিনাইনা চানবা, ঙসিগী চরা অমগীরা য়াইমা, মাম্নি অজ্ঞা; ভীম ঙমগত্রা, অজ্ঞা পুক থাঙৈঙদদি থনবগী বাদি থনবিগন্ন, লৈত্রবনিনা অসিনা পাংনবা লেল্লসি হায়জরিবা। ভীম য়েংলগা সুশর্ম্মনা হায় হঙেঙ্গিদি কমদোবা য়াইমা। অজ্ঞা হরেংগীদি ভক্ত: ইপা ইচা চৎতুনা হোল্লুসি বৃকোদর কদাইদগী, অজ্ঞা য়াম্না নকনা লৈ হয়েং ঐ চিংজগে করে য়াইমা। ইচিন্না ইপা চচা লৈমিন্নসি হায়থ্রবদবু চেনবা হৌনবরা ? মুৎলগা মুৎ মুংথাইরগা মুংঙাই, ইপা চাকথুম চঙলগে ফৌ শুরুরো। করে অজ্ঞ ঙসিগীদি পুম্না জুমিদাং ওইনা ফংলসি, ফৌ শুজরুরগে হায়রম্লগা নিঙৈহু কোন্দুনা থাংদোক্লগা লময়াইদা লোইনা হৈদোক্লে চক্রি পানথৎতুনা ফৌ তকপা হৌখ্রে।

ভীমনা তৌরিবা মতৌঙ উবদা থরগা পাথৎ চাওবনে জ্ঞান তাত্রহুনা থৌরাণী হেমাবতী ভীমবু মুম্না য়েংলগা ঋং-ঋং চোংহুনা কপলে, কদাইদগী ঐখোইগী অঙাওবা অজ্ঞগা, মীনা লাইনা লাক্রবা ঙমত্রবা ভীম মংগা তিগ্রহুনা, ঙাওমিল্লবদা ইমাদি মাংবা তারে। চহি অমগী থমজবা কৌবু চরা অমদা লোইশিন্নবদি, কমদোনা সেবা ঙমগনি ইবুঙ্ঙো য়াইমা, মিনাইস্লু ওইবিরমু থবকমু শুবিরগ, লেংবিথরো য়াইমা হায়রহুনা কপ্লে। ভীমনা হায়রকই, ইমা থৌরাণী য়াবীগমু হন্দক নচা ভীমনা ইনাক খুলহনগনি, ঐনা হায়জবদা য়াবিয়ু হায়হুনা। ভীম ফৌ তকপা লোইখরে। থৌরাণী থোক্লবা লাইগী লোম্বদি থম্মুলো। ফৌ থপলে ভীম মচা অমুক য়েং চেং লোইদ্রে থৌরাণীনা খৈবা লোইখরে, সুশর্ম্মানা থোংবদা

চুমিং ভাবা মতমদা থোংবা লোইখি। সন্ধ্যা আরাতি তৌরে লুক কংলে, ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী সেবা লোইরহুনা ভীম কুন্তীগী মহাপ্রসাদ কংলে, পানা চানরে। সুশর্ম্মনা, হায়রকই ভীমসেন ইপাদি অমি চাকয়াম থোংবদা পুথখিংলে, হয়েং কংনব। চেং মরু অমা তাঙ্গে কদাইদগীনো, হোল্লু, পদোক্লিনা ? অজ্ঞা ইমাথৌরাণী লৌতমা রাদনবা চেং ওইনা হোল্লুসি, ভজ্ঞা লেঙ্গু রগা থবক তম্বা নংমক্না, থুনা হল্লকদবনি, অজ্ঞা রাঙ্গলোই ঐনা পূজগনি। ভীমনা ব্রাহ্মণীদা হায়রকই ইমা থৌরাণী, হয়েং চেং হোল্লুনবা ভবোক্ থাও ২দং ভুম্নি, ফি য়েতুম নং পুথোকপিরকই। থৌরাণীনা ভীমগী থাও অচৌবা ২থুক তুম্বা লোইরহুনা। শৈযাদা পোথানবে নোংতাল্লে, শুশর্ম্মা ভীম স্নানক্রিয়া লোইরে। থাও অহু পুহুনা থোরকই শুশর্ম্মানা কপ্পা কদোম চংকনি, ভীমনা অজ্ঞা ব্রহ্মপুরসিগী মুত্তাই মুত্তাইবা। য়ুমথোং মওা ভর্মদং চংল্লি, অজ্ঞানা চিংবি। এদি থংজদে সুশর্ম্মানা হায়বকই য়াইমা করি হায়রমগদবা লৈবগে হুরেন কোনা হায়রসি চেং হামা হোল্লুশিসি, ভীমনা অমুক হায়রকই অজ্ঞা চেং লৌরুনবা মকম্মি থগ্নরিবা অসিনা, সুশর্ম্মনা হায় রাইমা কমদৌরিবা ভামনা অজ্ঞা ভিক্ষা তৌকগদৌরিবা সুশর্ম্মনা হরি হল্লি ওসি ইপা ইচানা লাকইবা অসিবু। নংনা চেং হোল্লুসি হায়বহুনা, কোপুংগী চেংগৈদগী ওইরবোম নিংহুনা ইপাদি হবাওনা লাকই, ভিক্ষা তোক্গদৌরিবা ওয়রে। ভীমনা হায়রকই অজ্ঞা কোপ্পুজি চেঙ্গৈদি এথোয়মা শোকউবা য়াদে, ইপল মহারাজ ধৃতরাষ্ট্রনা ইমা ইচা এথোয়গী চানবা ফাওবা। লিতিগী বক্সাণী ওল্লগা পিরি। চেং মরু অমা ফাওবা পাথোকহন্দে; অহুনা লাইরবা ইপা হচাগীদি ভিক্ষা নিরগা লোহরেনা অজ্ঞা অহুবু য়াইমা ইচাগী নবুকনা, ভিক্ষা দ চেং থর থবদমক হাপলকনি কমদৌবা তারি, অজ্ঞা মাহু মতা মতা য়েংগনি মথোইনা খিওা হাপলবদি, এনা য়াম্না হাপচনি রাবিরুম্নু। সুশর্ম্মানা বৃকোদর নঙ্গি নরা অসি ইপাদি জ্ঞানবু তাম্বেদা, ভীমনা এ-অজ্ঞা মাহু হুরেন শুমাং য়োরগা ভাব ভাবিনি, লেংদা লেংশিনবীধু। সুশর্ম্মাস্থ ভীমস্থ থোঙ্গাল অমদা নওতকুনা, শুমাংদা সুশর্ম্মনা হয়ে কৃষ্ণ ভিকা চেং থরদং নিজরি, ইমুং অহুনী মৌ অত চেং উতোং অমবোমদা, ভিক্ষা হাপকদবগী পুথোকলকইবহু উই। ভীম অহু উবদা মিয়ৎ নারং য়েংহুনা মনিংথোংলোমদা চংথ্রগা। ইমুং অহুগী লিখাইকক অমদা চেংফুদগী চেংহু লোগনা হৈদোক্লে। অমু লৈরম্বা, থোংক্রম, মাইয়েন, খামেন লৈরম্বা লোইনা লৌরগা হাপচিন্দুনা, পুথোকলগা ভীমনা ঈঙ্গিং তৌঙ্গ, সুশর্ম্মনা থাও মচিন পায়হুনা য়ারগা ভীমনা হৈঙ্গিল্লি। রাহৈঙ্গি অজ্ঞা ওসিগী অবৈবা থরাং কহচবা অসিনা, কৃষ্ণগী লুক হৌবিক হয়েং ভস্তা লেংবিরকউ হায়রগা। ভীমনা থাওহু লেংবান্দা হায়গংলগা। মাং থারগা থোকখ্রে। ইমুং অহুগী মৌ অহু ভকুনা লৈহৌই অসুম্না ভিক্ষা চংপসি; মুমথোং ১০ মকম চংবনা ভীম মপোং কারহুনা অজ্ঞা লেঙ্ডসি হায়ওনা মমুমদা হজিলকই। ভামনা ইমাথৌরাণী লুক হৌবিক্ৰে। হায়রগা ব্রাহ্মণীদা শিন্নরে, ভীম য়োংপাক পাইহুনা ইংথোল তৌবা হৌথরে, ব্রাহ্মণী লুক হৌরকই।

ঠৌরাণীনা লুক হোনা লৌইরে, সুশর্ম্মনা কৃষ্ণগী লুক কংপা লোইরে, ভীমগা মহা প্রসাদি ফংমিন্নরে লোইরগা হৈপানা চারগা ওহাক লোথানরে। ভীম অহু হন্দক ব্রাহ্মণ লাইরবস্নি সেয়মলপ্লে, থন্নুনা সুশর্ম্মাদা হায়রকই, অজ্ঞা ইথোল অসি চেকপন কাংথোং লোইনা শেমজয়লগে। লৈজ্ঞাইবগী য়োং

থাং শিংজং য়ায়া য়াইরম্মু, ঐ থবকশুনবা মী লৌজরুথিগে কায়রবনুদা ভীমহ মী থোম্বা চংথি। সুশর্মা খুংসু খুংলাই য়ায়া য়াইরুরে। ভীমনা লৈকাইগী নহারোন ময়াম থোমলুহনা পোয়কলগা ব্রাহ্মনগী চেকপন লাংথোং তৌথংপা গুমিং অহুদা লোইখি। ভীমনা বিদ্যা পাম্বা নহারোন পুকচেল চাওবা কয়া খোমগংলহুনা লৈত লাইর অসোন অনা কয়াগ, উপায় তৌশি। লৈকাইগী লম্বী থোং লৈয়ক খুলক কজনা সেবা, ময়ামগী পাঙল ওইনবা লন থাইগক্‌না পৈবা। দেশ সেবা তৌব অসিগুম্বা নিত্তি অসি হোদোকতুনা ব্রহ্মপুরগী নহারোন ৫০০ রোম খোমগত্ত্বনা ভীমনা শেমগংলে। কৃষ্ণগী কৃপা লৈবা মশাগী ওইজবা থাদোকপা গুম্বা। ভীমগী গুণনা মরম ওইহনা মী পুন্নমকপু অপাম্বা পোকহনখি। থবক ওইমা পাংথোক্কে থন্নুনা ময়ামদা ভীমা হারকই, নহারোন পুন্নমক তারো। নংখোই ঐখোইনা ফজবা পুকচেন, তৌবা গুম্বা থবক থৌনা কবা, লিংজেন্দা ময়াম মামনা অপুনবগী পাজমা শুবা থবক ওইনা পাংথোক্লগা উৎসি। অহু ওইরবদি মীয়ামগী পুক্কিংবু চিংসিনবা ওমগনি, অহুম তৌরংদি প্রজাগী অরাবা লৈত লাইরা কোক্‌নুনা দেশগী চাওথংপা ওইগনি। মরম অসিনা মন্দক্তী লাইরবা সুশর্মা ব্রাহ্মন অসিমা সেমগৎসি। মসিগী মরমদা ঐখোয়গী অপনবা লিংথোগী দণ্ডী লাকপা পুন্নমক ভীম ঐগী দায়ি ওইগনি। অসিগুম্বা ভীমগী পাওজাকপু লোইনা য়ানহনা লেপ্পখরে, ব্রহ্মপুরগী যুমথোং খুদিংগী নিথা, হায়জবা চংতুনা নহারোন কয়ানা লন থাইগংলকখি। ভীমনা লুচিংবা ওইহনা শুরকপা থবক মাগুব শানবা য়ুম্ফম, মন্দির বৈথোপ য়াহ্লোশং, য়ুম কৈ শিঙৈ শানবা মকম চানা চানা যুম্ফম থোন্দু। লয়ৈ থাবা য়াই তৈবকাওবা লোইশিল্লে। ব্রহ্মপুরগী হুন্ডাই য়াইকাশংনা, ওল্লকপদা শানবা লাংহনা থম্বা, মাওবকি য়ুমকৈগী মচাক মত্ত য়েংহনা য়েংহনা লোথংপা হৌরকই।

মরোথংত্তি মপুশিংদা কুমশি শারোইদবা ওইরবাদ, অয়ুক তপ্পা লাংসি হৌজিক অথুবা শাবা সুশর্মা ব্রাহ্মণগীদা হাপথসি হায়হনা প্রেমদণ্ডী ওইনা ভা না নহারোন ময়াম পুরক্‌নুনা হোনখি। অস্রুয়া মচাক পৈবা লোইবদা মীত্তি ময়াম খোমগত্তনা যাম্র ২নগংলগা শাবা তৌগংলি, কাংবু অমনা চান থক্কবা চেং হয়াই, ঘি থাও, ইঙ্গাং মনা মাশং লাশিং থাইগংলি, কাংবু অমনা থবক শুই, বুজারি কয়ানা থোংবা নহারোন কয়া কয়াবা সেবাহ্ পুর্ব। ভীমনা তৌবকইবা থবক অসি ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ ভকলে, লৈকায়গী মীরাম্য গুরুবে, ব্রহ্মপুবগী মীয়াম তিয়হনা থয়রকপদা ভীমগী কাংবু নহারোন মথৈগা অহনলোনশিঙ্গা নাকপাক ভানহনা য়াইতোং অহনশিং চেনথংলক্‌নুনা অন্ধারাজাদা য়াকৎথি। ধৃতরাষ্ট্রনা ভীম ফাগংলু হায়হনা পাত্র মন্ত্রিমা অকম অথৌ লাগ্মী ২৫০ রোম পুহনা লাক্লে। ভীমবু নিংথোগী য়াথংনি চংসি হায়রুবদা; এ—ইপুথোহ য়োবিরকপা হুংডাইরে। পাবুং মহারাজমা ব্রাহ্মনগী থবক লোইশিন্নবা! থায়কপনি ভসাইনা মহুংদা পাও থুংগুরবনি; ঐ ভাইহনা লৈরবনি। ফিরোন ফোংদোকপিরো খুলাই পুন্নকত্ত লাওথিবদা ভীমগী কাংবু সেবা দোলগী নহারোনশিন্না হোংদোক্লবা ফিরোন পিরে, খুংগু খুংলাই পুশিল্লক্লে। তৌরমইবা থবক নহারোনশিংগী কজরিবা মওংশিংহু উবদা চঙ্কহনা ভীমগী গুম্বা কিবগা মখোয়সু থবকশুবা অহুম য়াওবে।

য়াসি অন্ধারাজানা তারহনা ভীষ্ম দ্রোন কৃপ কৌশিন্দুনা দরবারদা থগরক্লে। ধৃতরাষ্ট্রনা হায় য়বুখোগা গুরুদ্রোন আচার্য্য কৃপগা ভেঙ্গোল পুহনা অমুক্তা লেংখিরগা, ভীষ্মবু কাগওশিন্ন। থরক্লরক হৌরবদি লৈপাক অসি মথক মথা ওল্লকপা তারে, অস্নুমা রাজাগ্যা হায়রকলবদা ভীষ্ম দ্রোন কৃপনা লুচিংহনা লাম্মী অকাহিনি অমা পুহনা চৎখ্রে। সুশর্মাগী জাগাদা থুংখরে, "ভীষ্ম দ্রোন কৃপ" লেংগক-লখদা ভীম চেম্মোক্তুনা মণ্ডক্তা ফি য়েৎলগা দণ্ডবত ভঙিনা খুরুমজরে। ভীষ্ম দ্রোন কৃপ গুরু অহুমকী আসন, হায়রকপদা সেথাগী নহারোনশিংনা আসন কংলি মক্তিকচানা সেবা লাংই, ভীষ্মনা হায়রকই বৃকোদর নং ঠাকুর সুশর্ম্মাগা ভিন্নরগা লমহেন্নবা নহারোন থরগা, কাংবু অমা শেমগৎহুনা ব্রহ্মপুরগী লুমথোং খুরিংগী লুটপাট তৌবনা পানবা ভম্মোইদৌর হায়না নংগী নথক্তা নরান পিহনা রাকৎলরে। অহুগী দমক নংবু ফাগংলু হায়হনা পাত্র মন্ত্রিশিং থাখিবা ফাওবা নংনা কাহনা থবক শিজিন্নহন্ন লৈরে হায়বা য়াকৎ অমম্নু লাকই। মরম অহনা য়াজাগ্যা লোইনহনা ঐখোই লাকইবনি, নংদি হৌজিক নিংথৌবু থওইদবা প্রজাগী অশান্তি খোকহনবগী দগী ফংবা তারি, পনবা য়ারবোই ভীম য়োরসি। ভীষ্মগী য়াহায় তাবদা ভীমনা হায়জৈ, তাবিয়ু ইবুধৌ ব্রহ্মপুরগী মী কত্তবা কাংবুনা পংহায় হায়জিনবনি, যেংবিয় ওসি মসিদা গুজরিবা সেবা তৌজবিবা মহারোনশিং অসি ব্রহ্মপুরগী ছাত্র ওাক্তনি। মথোয় অসি দেস ভক্ত প্রজা সেবা পামজহনা সেবা শওব হায়বা সংস্থান অমা শেমগৎলগা, লাইর অনং অসোন অনা কয়াগী উপায় ওইমবা ময়ামগী মতেং পিশিল্লগা সেমগৎ শাগৎপগী থাক্তা চৎশিল্লকই। লাইরবা অক্তা সুশর্মাগী গাদি য়েংবা সুংভাইক্রহনা ময়ামগী মতেং পিশিল্লগা ঈশ্বরগী মন্দির মাওর অসি কৎলি হায়না ব্রহ্মপুরগী অরৈবা কয়াদগী থাইগৎনরগা শাগংলি, মাসিবু নও ভীমসু কৃষ্ণ স্তুতি ওইগত্রা খন্দুনা; অমসুং পজা সেবা পামজবদগী য়াওহনা হোংনজরুরি। শাগংপসু লোইশিল্লক্লে. ইবুধৌ শুকদেব আচার্য্য গুরুনে অহমক্তা য়োবিবকপা ননাই ভীমগী মিংবা থুংজরে, শ্রীহরিগী মন্দির মাওর অসিদদি লোইশিল্লগা হোংখিরম্ম। ভীমগী য়াহৈ অসি তাবদা, ভীমনা হায়রকই, গুরুদেব ভীম্ম ইতনা তৌজরিবা অসি কৃষ্ণসেবানি। হরিমন্দির হায়বসিগী গুণদি, পয়া পদৈ অমত্তা ওইরবস্ত পুক্লা খুবাক অমত্তা ওইরবসু য়াই তৈজরথা মী অহনা, পাপ কনা তৌরমলবসু মীহনা শিরবা মতমদা বিষ্ণুগী দূতনা খুৎ পায়হনা বিষ্ণুলোক্তা পুথংগী হায়হনা সাস্ত্রনা হায়রি। মরম অসিনা ঐখোয়সু পাপ থরদং ওইরবসু কোকচনবা য়াওশিন্দুনা লোইরমলগা মন্দির মাওব অসি হোওক্মসি। দ্রোননা হায় ভীম্ম লৌনা হৌগংলক্রিবা অঙাংশিং অসিনা কৃষ্ণ পৃত্তি ওবা থবক্তা অমসুং প্রজাগী শেবা দেব ভক্তা, ওইবা লম্বিদা থোং থাংলিকইবা অসিগী পুক্লিং থৌগৎপিবা ওইনা ঐ থায়সু থবক শুবা য়াওশিল্লসি, অস্নুমা লেপ্পহনা ভীষ্ম, দ্রোনাচার্য্য, কৃপাচার্য্য, থবকশুবা য়াওশিনখ্রে। ফক্তাং থাজিল্লকপা য়াও, মথক কুপ্পা, য়াইতেবা শাইকপা মানা মানা ঙৈবা মিস্ত্রি হৈবনা মিস্ত্রিগী থবক, হৈতবা কাংবুনা জুগালি ওই, মী য়ামনা ওজিল্লকপদা পুমনোমক লোইশিল্লে। মন্দির মাওমতু লোংলে, সুশর্মা ময়ুম শজায়বে, থবক পুরুমক্ত লোইশিল্লবদা, ভীষ্মনা য়েংই। ব্রাহ্মনগী কৈদৌবদি হজনা শারে, সেবা চৎনবা কৌদি য়াওদা, ইহাং

হাংনহু টবদা মুংঙাইরমারে, ভীমনা হায়রমকই। ভীমসেন অসি য়োনা হোৎনরক্লবদা, ব্রাহ্মণগী কৌগে অসিনা ইহাং হাংনা থনগনি মুংঙাইতে ; ব্রাহ্মণগী সেবা চৎনবগী চহি অমা কোয়নবা ব্রহ্মপুরগী কৌ লৈবা খুদিংদগী থর থর-লৌথৎলগা। সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণগী কৈ অসি ফোহাম্লম্মগা হয়েংগী ভরবারদা অওনবদা নংগী অজ্ঞা সুশর্ম্মগা লোইনহনা কারকউ। ইপুথোই ওসি য়োরম্মগে, অমুম্না ভীমনা বিচারগী মুমিং লেঙ্‌না ব্রহ্মপুর লৈকাইগী য়ুমথোং খুদিংগী চে য়েনহনখ্রে। ভীষ্ম, দ্রোন, কৃপ, মিযাম পুহনা চৎখি, ভীম গুরুজনবু খুরুমজদুনা লৈহোরে। ভীম সেবা শঙ্খগী নহারোন মন্নাম পুরগা ব্রহ্মপুরগী কৌ য়াম্না পৈবা য়ুমথোঙগী য়েংঙনা অহেনবা থরা থরা লৌথৎলকপনা। সুশর্ম্মাগী কৌগৈ ঘন্না হাপখরে। সুমিদাং অহু পোথানরকপদা ভীমনা হায়কই, অজ্ঞা ব্রাহ্মণগীকম নবরত্নগী মমুংদা অপাম্বা অমতং থনবিমু ? হয়েং কম্থিন্দোকচগে। সুশর্ম্মানা হায় ইবুঙো য়াইমা ঐনা পামজবা ফমদি, বেবষ্টাকারি হায়বা কম অসি য়াম্না পামজে। ভীমনা হায়রকই, অহু ওইরবনি হয়ে সি অওনবদা বেবষ্টাকারিগী আভরন য়াই-লিঙাই লৈগদ্রা ? য়াইমা লৈগনি। ফরে অহুদি ইমা থোরামিনা আভবন ওনা য়াইবিমু হায়নরগা পোথানখরে।

নোং ভাল্লে প্রাতক্রিয়ানচিংবা লোইরগা, ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ বেবষ্টাকারিগী আভরণ য়াইকরে, পুজারিশিংনা লুক হৌবা লোইহনা লুক কংলে। মন্নাম পুনমক মহাপ্রসাদ ফংবা লোইনরগা মাগী মাগী দরবার কানবগী থোরাং তৌনরকই। ভীমনা হায়জে অজ্ঞা বেবষ্টাকারিগী আভরন সেকং-পিরো, সিদগী হৌনা কম থিন্দোকুনা দোলাইদা তোংলগা লেঙথৎলগদবনি। সুশর্ম্মানা হায়রকই, ভীম ইন্দক্তি ঐ শোয়ান্ত্র বন্দি লোইশং য়োবা ভীমনা হায়রকই, অজ্ঞা কম ওইরমদায়দা থামায় হন্থ-বিগনু ? থোরাং লোইবি য়া থেংদনি। সুশর্ম্মা থামেনচংপা স্নাথুজি, তাল, য়েশোন ফুরিং শাইজোনবা লমথাং খুনক, লৈগ্তংবা লোইরে। খুদৈশেল কাওশল সনায়োম্বা হিদাকফু ওাহুক, তেংনৌ শাবা তোংজে থাবুম শাবা, লোইনা পানথৎথরে। দোলাইদা করা জি ফিবুম থাওনা সুশর্ম্মা দোলাই তোংজে, সনাগী খুজাই, লুপাগী চাইশেল, মনিগী থাগোক য়াওরে। ভীমনা পে থাল্লে, সেবা সমিতিগী নহারোন ছাত্র হেশিংলবশিংনা ফিরান মচা অমমগা পাই, মাংদা যন্ত্র বাজন তৌরগা জয়ধনি লাওরহন। দরবার কারকপহ ভীমগী থোলঙাও অহনা গুরুদেব সুশর্ম্মা বেবষ্টাকারিগী হায়না লাওরগা। নহারোন মন্নাম্না জয় ওইরে হায়হনা কন্না থুম্লগা কারকপা অত্ত শয়োক অকা অকুম থিংহনা য়েংনৈ। সুশর্ম্মা বেবষ্টাকারি ওইরবোইরে লাইৎক ফৈদা হায়না থাগৎনখি। দরবারগী থোংজিন মন্নাদা গুরুদেব বেবষ্টাকারিগী জয় ওইরে হায়বা থোঙ্গাও অহনা ডরবার সভাহ পুর্নান নিনখ্রে। দলাই-থাখ্রে ভীমনা ফিদা পুহনা দরবারগী থোংজিন কাপশিল্লকপদা ভীমনা এ অজ্ঞা বেবষ্টাকারিবু জয় জয় হায়না লাওরগা রাজ সভাবু খুরুম্মী, ধৃতরাষ্ট্রদি মমিং তাংখনিনা। গুরুদেব বেবষ্টাকারি লেংবিয়ক্লত্রা হায়রকই। ভীমনা লেঙক্লে হায়না খুমখি, অন্ধরাজানা দণ্ডবতনা খুরমলগা বেবষ্টাকারিগী কমকমদা লেংশিনখিয়ো হায়রকই। রাজঅজ্ঞা ফংলবদা ভীমনা বেবষ্টাকারিগী কমকমদা ফিদা থারে, সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণ কমথরে। ধৃতরাষ্ট্রনা ব্রহ্মপুরগী

য়াকৎপিরিবা অজ্ঞাশিং য়ুরবদি, ইচা ভীম য়োবক্রে, মখোইগী নমখোন। বিচার তৌবিবা য়ারগনি হায়রুনা ভীষ্মদা বিচার তৌবিনবা লান্থোক্লে। তাঙ্গা অহুদা বেবষ্টাকারি ব্রাহ্মণ অহন্দু থুডরে, সভা থুকম্মী মাগী ফিদা মকমদা সুশর্ম্মা খমলিবত উবদা! খমোইগুংডাইনা হায়রকই। মহারাজ করি ধর্ম্মনো এবু ফম লোথোক্লে হায়বস্থ তাকপীদনা! ঐগী ইস্থ সুশর্ম্মবু হাপ্পারিব মসি ঐগী ইমান করি লৈবদগীনো? তাকপিয়ু; বেবষ্টাকারিনা রা তাবদা অঙ্করা। চক্রুনা হায়রকই; অজ্ঞার চুংঙ্গা য়োবীরক্রিবরা? হোই মহারাজ চুক্তিক্লা য়োরক্রি নিংগোনা হায়রকই ঐন চপাই এবষ্টাকারি লেডক্লবরা হংবদা! লেংডক্লে হায়না থুম্মকপদগী দণ্ডবত করুনা। বেবষ্টাক মিকমদা লেংশিনবীরো হায়খরে। ইচিম্মা হায়রুবা রাবু কমদোনা হোৎদগে. বেবষ্টাকারি অজ্ঞানা পেনা কাবকপদগী লোকথুবনি, অজ্ঞা অহনগু ওইরে ভসিমাংগ লোথাবিলো। * সুশর্ম্ম অজ্ঞানা পসি থৈ বেবষ্টাকারি ওপেসন্তু, তাঙ্গা অহুদা ভীমনা হায়রক্লে তাবিয়ু পাবুংহন মহারাজ, লাইববা সুশর্ম্মা অজ্ঞাবু মতোম্রোম্না অমুক্তং শেমগৎচনিংবদগী পাবুংহন্না হংবিরকপদা নচানা বেবষ্টাকারি লাক্লে; হঙ্গচকবগী মহে য়াম্রে। সত্যবাদি ওইবা পাবুংহনগী য়াথংবু; নচা ভীম্না মতম পুম্নমক্তা ইকোকথক্তা হাপ্পুন! পুজগনি হায়রগা ভীম দণ্ডবত তাকুমা! থুক্লখি। ধৃতরষ্ট্রনা ভীমগী মতোদ পেনরুনা হায়রকই মতুদদি ব্রাহ্মণগী রোতোনকম হাপ্পগী শিন্নবসি, ইচাগী শকক ওইজবো ইচানা য়াবা অংতবু; ইপানা হাপকনি। মতো অহু উবদা বেবষ্টাকারি অহন্দু, মথরাই শোকখুহুনা হায়রকই, মান চাং লৌথিববু ঐগীনা ইহেন হেক্লি। ইক্ষমগু লৌথোকপারে ঐগীদি বিচারদা য়াওবিবগী সুশর্ম্মা অজ্ঞাদা কচ্চরমলবনি হায়রম্মগা হনখবে। বেবষ্টা-কারি ব্রাহ্মণ অহনগী দমি শেংখুবদা; বিচার হৌরাগ নিংঙ্গুন ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা! ভীষ্মনা হায়রকই। অতাশিঙ্গ লৌথিবা মান পুম্নমক ইশুনা ব্রাহ্মণ লাইরবগী মক শেমগৎপদা য়াওখরে? অজ্ঞা সুশর্ম্মাগী সম্পত্তি অসি কাইহনলম্মসি। ব্রাহ্মণ মরামগী মীন অং হায়বিগু লোইনা শিংজরগে? ভীষ্মগী রা তাবদা! ব্রাহ্মণ মরাম থন্নবদা ভীমবু কিবদগী মতুদা ক্ষমনাইবা ক্ষত্তরোহদা ক্ষমলোথোক পিরক্রা? থনবদগী কৎথোকরসি লেপনবে। ব্রহ্মসভানা হায়বক্লে অজ্ঞা অহন্না কৎলম্মা অক্তগুম্মা. ঐখোইগী কৃপৃতি ওইনবা অজ্ঞা সুশর্ম্মদা লোইনা কংপোকচবে শি বিরগা। তাঙ্গা অহুদা ভীমনা হায়রকই, ব্রহ্মপুরগী অজ্ঞাশিং মতুংদগু পাঙ্গৈরবা য়াওনর্ব্বদ থডোন্দা হেক্তা পিরকউ। অমুন্না বিচার লোয়শিন্দুনা দবদার কুম্নখরে। মতুংদদি ব্রহ্মপুরগী ব্রাহ্মণশিং লায়রবশিংনা ভীমদা তাকউগদ্রা কিনবদগী! লৈত লায়ন থায়নচনা পানমিন্নখবে। অসিগুম্মা আদি পর্ব্বগী বাবা অসিন তাজবদা, পুনাগী মশক্তি বেদ ব্যাসনা লে ওম্মবা ভারত আদিগী কথা। তোম্নবা শ্রীহরিগী মনাই শ্রীকৃষ্ণমোহন শর্ম্মনা শ্রীগুরুগী চরনগু কোক্তা হাপচহুনা, মীতৈ ইমালোন্দা ইজবসি অসোয়বা কয়া; বৈষ্ণব সমাজনা ভাকপীমি নি তৈ। ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল। মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণমোহন শর্ম্মগী ইবিরম্বা শরুক লোয়গরে। ইতি।

---

* ব্যাখ্যা ভীমনা কুরাক তানবগী য়ারা অসি সুশর্ম্মা ব্রাহ্মণ লায়রবনু শেমখিবা অসি জৈমিনি মহাভারতকী মতনি। ইতি।

# অধ্যায় ঃ—

## কর্ণনা পরশুরামদা খুৎলাই তম্বগী ৱারী মতাং ॥

অধ্যায় অসিদগী ৺শ্রীএলাংবম মধু সিংহ ৱারী লিবা পণ্ডিতনা ইবিরম্বা ৱারি শৈরেং মখাং অসিদগী হৌজরে। শৌনকনাচিংবা মুনিশিংনা হঙ্ঙকই হে- সৌতি ? কর্ণনা পরশুরামদা খুৎলাই তম্বগী ৱারী লিখো। সৌতিনা হায়জৈ তাবিয়ু ব্রহ্মসভা; মহাভারত তাৱিবা জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই; মহামুনি ইংথৌ কর্ণনা কমদৌনা ভৃগুরামদা খুৎলাই তম্বিখিবগে ? অমুক্তা লিবিখো। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তাৱো নিংথৌ, কর্ণ মমা মপাদগী বিদায় লৌরগা চেংজেন পুত্থনা চৎখিবনা। বদরিকাশ্রম য়ৌখিহনা, শক্ত্যাবেশ রামগী চরন্দা দণ্ডবত ভক্তিনা থুকমজৈ, গুরুদেব ননাইবু গুরুদেবদা বিদ্যা তমজগে লাকচবনি। চানবিহনা, বিদ্যা দান পিনবিয়ু হায়জরকই। পরশুরাম ধ্যান লেপ্পুনা কর্ণবু চিংনা য়েংই, কর্ণগী মীওই উবদা রামনা হায়রকই। নিপামচা নং কদাইদগী লাকপনো ? নঙ্গি মশক নত্তৌ উবদা ক্ষেত্রি মচা মাল্লি, ঐদি ভীষ্মগী হাক্তক্তা নিংথৌ মচাগী ম্থাং অসি খুৎলাই তম্বীখ্ররোই হায়হনা রাশকখরে॥ ব্রাহ্মণ ঐথোই লাইমিংবনি রাশক ৱাকত্রবদি হরি ফংলরোই নং কনাগুম্বা ওঝা অমদা তম্মুরো ঐদি তম্বীরমোই, গুরুগী ৱা তারবদা কর্ণনা হায়জৈ। ননাই ঐদি ক্ষেত্রি মচা নচ্চদে, জাতিদি সুত্র মচানি হস্তিনাগী সুত্রনগরদা লৈবা, সারথী হঞ্জবা অধিরথনা ইপানি। রাধা কৌবীনা ইমানি, ঐগী ইমিংনা কর্ণ কৌই; গুরুদা, থজিক্তং মিনমলবদি সত্যনা শাক্তি ব্রহ্ম বধগী পাপ ফংজগে, ননাইবু গুরুনা অমুক্তা পোকপিয়ু। কর্ণগী অচেৎপা রাশক হায়জবা ভক্তিদা পেন্নহনা, পরশুরাম তম্বীরগে হায়না য়াখ্রে। কর্ণ ওঝা বরিজহনা ধনুর্বিদ্যা তম্বা হৌখি রামনা তম্বীবগা ম্নাবগা মান্নে, ম্নাথবা কাওবা লৈতে। মতম থরগী মতুংদা বিদ্যা পুন্নমক শুনা তম্বা লোইখরে। কর্ণগী শক্তি উবদা পরশুরাম ডকখ্রহনা! পরিক্ষা য়েংলগে নিংহনা নোংমা অয়ুক অঙনবদা, কর্ণবু পুরগা বাউ মন্ত্রগী গুপ্তা উদয়া গিরিগী চিংদোন্দা থুঙ্ঙরে। কর্ণদা লিরুং তেন পিরগা হায়রকই, কর্ণ লিরুং পায়য়ু তেন অসি মমাই নোংচুপ ওন্দুনা লিসান থাৱগা! মঙ্গি নপাঙন্না লৈবমথৈ লিরি চিংহনা কাপ্প। গুরুগী য়াথং ফংবদা কর্ণ লিরুং তেন লৌরগা! লিরি চন্দুনা তেন অহু জুরিরগা মমাই নোংচুপ ওন্দুনা, লিরি নাংশো থোনা চিংলগা তেন থারে। কর্ণনা কাপখিবা তেন অহু তেজিন্দা মৈ ক্রি ক্রি কামহনা! পাইখিবনা অস্তাচল গিরীগী চাওয়াংদা তেজিন য়ৈশিন্দুনা থাখি: অস্তাচল গিরীগী চাওদোন মিকথি। কর্ণগী সিচিং লিথা কনবা, শক্তি অসি উবদা গুরু ডরহনা! কর্ণবু পুরগা আশ্রমদা হল্লক্লে। আশ্রম য়োরবদা গুরুনা কর্ণদা হায়রকই, ইপা ইগা গঙ্গাদা স্নানতৌরুসি, কমণ্ডলুগা মঙ্গি নপোৎমচৈ লোইননা পোরকউ। কর্ণ কমণ্ডলু অমসুং মপোৎ মচৈ লোইমা পুহনা, গুরুগী থৌগান ইন্দুনা গুরু শিষ্য অমিমক গঙ্গা তম্না লাকই

পন্দা য়ৌজিঙৈ অমথাংদা গুরুনা, কর্ণগী শক্তি কয়ামুক লৈবগে খঙনিংলহুনা হায়রকই। কর্ণ ইপা য়াম্না তুমনিংলক্লে, নং ফম্মু নঙ্গি কৈবোমদা মোন খাংহুনা ইপা ঙহাক্তা তুমখিগে, ইপানা মিকপ থোক্নুনা হৌগৎলকত্রিবমখৈ নংনা ঐবু হৌদোকহু, লেংদনা ইপাগী থৌগল তৌগদবনি, ঐনা হায়বা অসি শোইরবদি গুরুগী শাপ ফঙ্গনি।

গুরুগী রা তাবদা কর্ণ মমাই অয়াং পাংনা থোংগ্রাই চন্দুনা ফমখ্রে, গুরুনা কর্ণগী কৈবোমদা মোন খাংহুনা কোক নোংপোক ওন্দুনা যোগাসন্দা হিপখ্রে। অত্তম তুমখিবহুনা থা কয়া হৌখিহুনা। বর্ষা ঋতু লাক্লে মাঘ স্নান মতমদগী তুমখিবনা। নোংজুথা য়ৌরক্লবা ফাওবসি কর্ণ গুরুগী য়াথং ঙাক্নুনা ইন্দ্রি পুম্নমক লাকশিন্দুনা হৃদি পদ্ম আসন্দা, শ্রীহরিবু লিংখৎলগা। আত্মানা চেংনা- হরিগী চরনবু কোঞ্জহুনা যোগদা কয়গা লেংদনা গুরুবু থৌগন্দুনা লৈখি। নোংমা কাক অমনা পাইরকপদা কর্ণগী মাংদা বিষ্টা থাদরম্মী, কাকী বিষ্টাদা জাম মরু অমা য়াওহুনা লৈবাক্তা তাবদগী, পোথাইরক্নুনা ময়োল চোংলে। জাম অহু হৌরকপনা মপান্মী শরেপ কারক্নুনা, মপাল শারে মহৈ য়ান্নুনা মুক্লে মতম অহু য়ৌরকপদা গুরু যোগনিদ্রা ওইখিবহু হৌগৎলক্লে।

মতম অহু ফাওবহু কর্ণনা গুরুক্লেং লেংদনা থৌগল্লখহু উবদা। গুরুনা হংই কর্ণ ইপানা তুম্মুবা অসি মতম কয়া কুইরে। হুমিং মশিং খাশিং খঙিঙবরা ? কর্ণনা হায়রৈ গুরুদেবনা চেপখিবা থা তরুক শুবদা কাকনা বিষ্টা থাদরম্মদা য়াওবা, জাম মরুনা হৌগৎহুনা মাংদা পাল্লিবা অসিনি গুরুনা য়াথল তৌবিয়ো। কর্ণগী রা তাবদা গুরুনা কর্ণবু চিংখৎতুনা গঙ্গাদা পুথয়রক্লগা স্নান তৌমিন্নরে, কাখৎতুনা লাকমিন্নবনা আশ্রম য়ৌবক্লে। গুরু ভোজন ক্রিয়া লোয়রগা, যোগ আসন্দা ফমগনা যোগগী পান্জলনা ধ্যান তৌহুনা, কর্ণগী মপোক য়েংলকই। বায়ুদেবনা বায়ু পুরাণ তাবগী ফজনা উশিনর বৈষ্ণব নিংথৌ ওইনা পোক্লকপা। অন্তুগ কান্দা বহির্ম্মুখ শঙ্খ ওয়খিবগী দোষনা কোকপা য়াত্রদুনা, বিরহরি ওইনা পোকলকপা। অহুদগী কর্ণ ওইনা পোকলকপা মপোক অহুমমক বহির্ম্মুখ শঙ্খদা লৈরগা, লানফমদা অর্জ্জুনগী মখুৎতা তুরগা; মাগী শক্তিনা ইরাবতীগী গর্ভদা তিন্নরী। বৈষ্ণব পরিক্ষিত নিংথৌ ওইনা পোক্লগা, অন্তুগী কান্দা শুকদেবগী মচিন্দগী শ্রীমদভাগবত তারগা শ্রীধাম গোলোক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ ফঙ্গদবা। অদ্য অন্ত পুম্নমক লোইনা উখে। গুরুনা পেল্লহুনা ককপা য়াত্রবা বিজয় ধনুগা, মনসিদ্ধি তেন্দোঙ্গা কালশর মঙাগা, কর্ণদা পিরে। রুদ্র শর, পস্থপাত, বৈষ্ণব অস্ত্র, ব্রহ্ম অস্ত্র, মন্ত্রগা কোম্নবা তম্বীরে। কর্ণ ইপানা হৈবা বিদ্যা থাকতনা নঙোন্দা থারবনি, লেপ্পা প্রসিদ্ধ ওইজরো ঙসিদগী নয়ুমদা হনবা য়াবগনি। হৌজিকতি ইপাগী দক্ষিনা নিরগে নংনা গুরুগী দক্ষিনা কংলো? অপুম্না পরশুরামনা হায়রকখি। কর্ণনা হায়রৈ গুরুদেব দক্ষিনাবু করি কচৌ হায়বগে ? গুরু কৃপাদগী কুবেরবু জয় তৌরগা! সনা লুপা মনি রত্ন কচ্চবা ঙমগনি। পৃথীবু জয় তৌরগা ভুমী দান কংপা ঙমগনি। গুরুনা অপাম্বা তাকপীয়ু। কর্ণগী রা তাবদা পরশুরাম্না থল্লি, কর্ণ অসি ভুগৎনা লাখা য়াররোই, কৃষ্ণগী শিলাদা অকাইবা লাক্লগনি, মাগী থুবী লোথোকলগে থন্দুনা হায়রকই।

কর্ণ ইপাদি সনা পামদে পৃথীশু পামদে ; নঙ্গি নশক য়েংবগুম ইপানা য়েংহনা লৈজগে ; নঙ্গি য়েংথংবা খুবাহু করুগা দাক্ষিনা ওইনা শিরম্মো। জগতকিদময়ক খন্দুনা কৃষ্ণগী শিংদা কাইদনবা নিবনী; গুরুগী মাথং ফংলবদা কর্ণ থাঙ ওইগী খুংনা পায়রগা উনা অপাকপা অমা থারগা শদন থাহনা য়েংকি খুবাহু মরু থেংনা করুগা উনাদা হাপ্তুনা গুরুদা কহলে। কর্ণনা অস্টাঙ্গ ভঙ্গিনা চরন শোরা দণ্ডবত তারগা কপ্তুনা হায়জে ; গুরুদেব ঐবু শুজনা অমুক পোকশিরবনি মনাইনা পেঞ্জপদবঙ্গি ঐগী থরাই অসি কচ্চরগা পেঞ্জগুদবানি ; খুবী কৎপসিনদ মতিক চাদে ; মনাইবু কন্দোক্লো হায়বগে। ভৃগুরামনা হায়রকই কর্ণ নং অসি (বে) লেপ্পা ইন্দ্রিবু (কর্ত্তণ) লাকশিন্দুনা খুহুমচনবা ভূশিং মরম অসিদগী নঙ্গি নমিংবু বৈকর্ত্তন হায়না থোল্লগে। নংবু লাইনা মীনা কিনবা মরোম অমতুনা নামিং চংপা ওইরসু ; অদুগা নংদি শুদ্র মচাসু নত্তে। সূর্য্যগী কৃপানা পোক্লবা সংক্ষেত্রি মচানি, নমানা য়োকপা য়াবা মতম নংথিদহনা সুত রাধা অধিরথনা য়োকখিবনি। নংডোন্দা দান তৌজরবদি অপোকপা নমা খংজরকখিনি ; নংগী থোঙ্গান্দগী অরোইবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী চরন ফংলরগনি। সুর্য্যাবুস নিংজো সুমিংনা কারককইবা মতমদ ; নঙ্গি নিংথিনা যাত্রা কাইদনা লান চংখৎবদি ; য়েরুবনা নমাংদা লেপ্পা য়ারোই। সুমিংয়ুংবা মতুংদা লানগী যাত্রা তৌহনা চঙ্গবদি ; অদুগী সুমিত্ত নাঙ্গ অরোইবা ওইগনি। ঐনা ক্ষেত্রিদা বিদ্যা তম্বিরোই রাপকপবু নংনা তম্বীরহনা রাশক কাইরিবা অসিগী দোষনা নংদি হয়েং অরোইবা মতমদা লানফমদা য়েরুবগা অতত্তায়গী লাম্নেংনবদা ঐনা তম্বীবা মন্ত্র কাপ্পবা ওইয়ু অদুগা গুরুনা শাপ পীখি।

কর্ণ মশামক্লা য়ান গুরুগী শাপ লৌখি। কর্ণ গুরুগী পাদদক থকচরে, পদবুলি লৌজরে, গুরুবু দণ্ডবত মঙ্গারক কৎলগা বিদায় লৌজহনা য়েংওইননা কোয়রগা বিজয় থঙ্গ মনসিদ্ধি তুনা ; লোইনহনা হাপ্তা তৌরক্লে। কর্ণ সুমিং থরগী মসুংনা হাত্তনা সুত্রনগর য়োংক্লনা মাগা পিতা খুরুমজরগা মানা তমজরকপা বিদ্যাগী পাও পুম্নক তমখি। রাধা অধিরথ অনিমক মচা কর্ণবু চেনা কোঙ্গলগা সুডাইবগা ঈপাক্লা জানখি। কর্ণ নিংগী অসুক ডম্বা হোংগৎলগা চেন্দুনা চোংহনা হকচাং শাজেন শাজে ; নোংমাদ চোউডু চেল্লুবদগী লোইবকপদা লেপ্পা ধারা পিয়াক লাংখি। খুদক অদুদা পৃথিবা লেংপোক্লনা, কর্ণদা শাপ চৈরক্লে ; হায় হায় কর্ণ নং পোকপা সুমিত্তগী পৃথী ঐ অসি খুদোন ২১ সোতনদা নমথরিবনি। অংক শক্তি লৈবা নংমা চোংহনা শানবদা ; ঐদি থাংবা রারে অদুগা নংনা শাস হৌনদবা লমচৎ লেপ্পা লেপ্পা ধারা পিবাক তৌবদি। অদুগী দোষনা হয়েং নঙ্গি অতত্তায়গী লানফমদ নঙ্গি রথগী কঙ্খোলবু নমথহনা লেংদবা ওইরসু। অসুম্না পৃথিনা শাপ তৌরগা মাংথোকখি, কর্ণ অদুদগী চেনবা চোংবা লোকখি। রাধা মমাগী গর্ভদা পোকপা মনাও মরি বিকর্ণ, সুকর্ণ, ভূকর্ণ, অধিকর্ণবু কর্ণনা খুংলাই তম্বীখি। অসিগুম্বা কর্ণনা পরশুরামদা বিদ্যা তমহুদা হৈথিবা রাগী অসি তাজবদা মিওইবনা বিত্যা চাওখৎলি পুন্য চাওখৎলি। শ্রীব্যাসদেবনা লেংলমবা মহাভারত আদি পর্ব্বগী রারিবু পাংত্ররা শ্রী৺মধু সিংহ মহারাজগী মনাইমা মাতৃভাষা ঈমা লোন্দা ইজখি ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

## অধ্যায় :—

## আর্জ্জুন্না উত্তম বিজয় চৎপা রারী—

## আর্জ্জুননা কৃষ্ণ কৃপা ফংবা মতাং ॥

শৌনকনা হঙ্গকই উগ্রশ্রবা হে-সৌতি, কৌরব পাণ্ডব বিদ্যা তমনরকপদা মথা করি তৌরকইবগে লিয়ু ? সৌতিনা হায়খি তাবিয়ু মহামুনি। ভারত তারিব, জন্মেজয় নিংথৌনা হংজরকই ? ইবুধৌ চামা মতাগী মথাগী রারী লিবিরো। শ্রীবৈশম্পায়না হায় তারো মহারাজা, হস্তিনাদা পাণ্ডব মতানা বিদ্যা তম্মিন্নরকপদা ; মতিক মগুদা চামদগী হেন্নকপা অসিদা; দুর্য্যধনা অসি চাবা থকপা তুম্বা হিপ্পদা পুংতাইবা লৈত্রে। নোংমা দুর্য্যধনা শোকনিগী মফমদা হায়রকই, মামা পাণ্ডব মতানা মহৈ তমনয়কপদা, পাঙ্গন্দা তৌবা ওথদা ঐংথোয় চামদগী নোংমা নোংমগী হেন্নংলকপা অসিদা। থম্মোয় অসি সুতাইত্রে। কমদোরগা পাণ্ডব মচা অসিবু, মমথহনা লাকতবা য়াগদগে মামানা, বুদ্ধি অমত্তা তাকপিয়ু ? শোকনিনা হায় দুর্য্যধন মাহ নহান মথৈ মামাদা হায়দবনি। মচা মমথনবা বুদ্ধি মামাদা লৈমাহ হায়গে ; মথা অসি ইম্মাকী দি য়েংকবি। য়েক্কববু কাওনবা য়োকখৎপসি, কৈ মচা য়োকপগুম্বনি মরম অসিনা রাজ ভণ্ডারদগী বক্লাম পিহনা মতাবু থাকইবসি ইম্মাকী মাংনবনি। বন্ধন অসি ককথৎলগ মচা অসি চামিংডাই শেংনিডাই লৈতহনা চরা হেনহল্ল অহু ওইরবদি মহৈ তম্বস্মু তমলরোই, মপাঙ্গলস্মু হস্থরগনি। চানবা শেংনবা তানবদা মিরকতিনবা ওংলবোইদবনি, অত ওইরবদি পাণ্ডব মচা লাইনা মমথবা য়াগনি। ইমানা পাটেশ্বরীনি ইপানা নিংথৌনি, হস্তিনাগী লৈঙ্গেদি ইম্মাকী নরন্নি নহাকী ননিং তমগদবনি, করিগী য়েক্কবু নরলতিংনা থাকইবনো ? অসুম্না ফত্তবা লৌশিং অসি শোকনিনা মীফত্তা দুর্য্যধন্দা তাকশিনখরে। কুমহ্ননা অসি ফংবদগী পাণ্ডবকী বন্ধান কক্লগে নিংতনা, মামা অহুদি ওসি মথৈ বন্ধান কক্লগে, হায়রমলগা পুকৈদা চংখরে। ভাণ্ডারীশিংদা দুর্য্যধনা হায়রকই, ইপাগী পুকৈ পাংবিবা ইপুখোয় তারো ওসিদগী হৌত্তুনা পাণ্ডব মমা মচা তককী, রাজবন্ধান পিরিবা অসি পিরগনু। ঐনা কক্লবনি। রাকমসি রাজা রাণীগী য়াথং নত্তে, হায়হুনা পিরমলবদি, ইপু নখোয় মথৱাই মাংজগনি। রাকম অসি নখোয়গী চিনদগী অহল লমন তাইল্লকলবা দুর্য্যধন ইভিক থঙ্গন হাবহনা থিংলমলগা চংখরে। পুকৈ পাময়িব ভাণ্ডারিশিংহু থরবদা ? নিথৌদা হজংলুগনবস্মু কিহনা হজংত্রে। মুমিৎ অদো দুর্য্যধন কিবদগী পাণ্ডবকী বন্ধান খিনাথরে, মুংতিগী মতম হেন্নকলহনা কুন্তীনা ভাণ্ডারীশিংদা হঙ্গরে। রাজভাণ্ডারী শিংনা খুম্মী কুন্তীবু খুরুমজহনা হায়খি। হে মেকবা ওসি ঐখোয়না চেং হন্নাই থী থাও বন্ধান পুজরুবদি। অয়ুক অঙনবদা মচাইবুত্তো দুর্য্যধনা থিঙ্গমলে, নিংথৌদা অমুক্তং হংনপিগদ্রা। ননাই

ঐখোয়না হস্তংলুরবদি থরাই মাংবা ভারে; চেং মরু অমত্তং শিরমলবদি মথরাই মাংজনি হায়না কয়া থিংলমলে। ননাই ঐখোরবু রায়ৌবিগন্থ, মতুংগীসু পীবা ভমলোইদৌরে বৈরুণীগী রুপদব লম্বী য়েংবীতুনা রাথন তৌথিবনা করগনি। ভাণ্ডারীশিংগী রা তাবরদা কুন্তী রা ভাংলমদনা হল্লক্লে, য়ুম য়ৌরগা কুন্তী রাথন তৌই. রাফম অসি ইচাশিং তাথ্রবদী কোংদোক্লরক্লুনা হস্তিনা রাথোক ওইরগনি দুর্য্যধন্দি য়েক্লবা হৌরক্লবনি, হস্তিনাদা ইচাশিং লৈবা মুংঙাইরয়োট; মহৈ তত্থা লোইদ্রিকাওব-দদি খঙহন্দনবা হোংনরগে হায়না লেপথি।

কুন্তী মুমিৎ অতু মকু ভীম্মদগী লৌরুহনা থোংথাকপা লোইরগা, কৃষ্ণদা দুক কৎলগা মচা মণ্ডাবু ঙাইংনা লৈলি। মণ্ডাম্ব য়োলবা থুংলাই তম্মুবদগী হল্লকুনা স্নান ক্রিয়া লোয়রগা কৃষ্ণগী মহাপ্রসাদ মমা মচা তরুক কংমিন্নখ্রে। মতৌ অসুম তৌনা কুন্তীনা মচা মণ্ডা খঙহণ্ডনা মতম কয়ানি মরুম, য়ুমথোং থুদিংগী নিঙনা মতম লেল্লকই। নোংমদি কুন্তীনা ভিক্ষা লাকপদা চেং লৈত্রহনা ভরাং মুমিদাং চরা হেল্লমন্দবা! ইমুং অমগী খোঙান্দা চঙক্রে। য়ুম অহগী নিপাহু ওমাং য়াই শিত্তুনা লৈবদগী কুন্তীনা ভিক্ষা লাকপহ্ উবদা ইমুংলোমদা ওনসিল্লগা ইচাশা থোং লোনসিললু, মপু লৈতমাল্লে হায়রহনা য়ৌরকত্রিদৌদা হংদোকখরসন্ন। ওমাং য়ৌরক্লবদি ভরাংদগী চেং লৈত্তহনা চরা হেল্লি, হাপত্রগা ঐথোইস্নু মুংঙাইরোই বৈকবীসু ইকাইথিনি, হায়রমলগা য়েম্নথা য়োমদা লৈশিনখরে। ইমুংতুগী মুপিহুনা থোং লোনসিনখি য়াহুবু কুন্তীনা তাহোবহনা থোক্রুকপদগী কুন্তীনা রাথল তৌই। ঐ শুন্না লাইরবা কয়াদগী নিরগা ঐখোয়না তবুক থল্লি। মথোয়না চাজগদবহু ঐভোনদা হাপলকলগা মথোয়না মবুক থনহোদবা? অসি শুথা ধর্ম অসি কুন্তী ঐ ভসিদগী তোক্লগে অসুয়া পুক্লিং লেপথরহনা, বৈকবী মযুমদা হল্লকলে থোংনিঙাই চেংদি লৈতবনিনা কুন্তী খরু বদ উপায় লৈত্রগুনা কোক্কা খুৎ হাপতুনা কপ্পুনা লৈরে। মচা মণ্ডা থুংলাই তম্মুবদগী হল্লকপদা মমানা কপতুনা লৈরম্মদা, মমাবু থুরুমলগা মচা মণ্ডানা হঙংলি। ইমা ঐখোয়না ভসি হল্লকপদা ঈমানা চাক থোংদন কপতুনা লৈরমবা শংখু করি তৌববগে? তাকপীয়ু। কুন্তীনা গায়রকই ইচাশা ঈমানা কপ্পগী মবগ অ স, ভসিদি ঈমা নথোয়দা তাকলগে। ইমা ইচা তরুক্কী রাজবন্ধান পীরম্বা অতু দুর্য্যধন্না ককথরে। মসিবু থিগংলুরবদি হস্তিনা রাথোক ওইরকতুনা ঐখোয়ব লৈবা মুংগাঙরয়োয়দ্রা খন্দুনা ইচাশিঙ্গি মহৈ তত্থা লোইত্রিফাওবা খঙহন্দনা ঈমানা থাকে হোৎনরমবনি ভসি ঈমানা ভিক্ষা ফংলক্তবনা উপায় লৈত্রহনা কপলমলিবনি। চহি অমা ফাজিল্লকলে ইমানা নংথোয় খঙহন্দনা মহৈ তমবদা অপনবা ওইহন্নীংদতুনা চহিসিমা ইমানা পুবনী। কুন্তীগী রা তাবদা পাণ্ডব মণ্ডা, থম্মোয়দা তাশোন্না লেংবগা মানলখরহুবা হায়রকই ঈমা নহানমথৈ ঐথোয়দা তাক্কনা ইমানা ভিক্ষা নিহনা থাকলমলিবা। ইবুধৌ লৈরি হস্তিনাগী লৈদি ইপানা পৃথি জয় তৌদনা কারকপা কোড়ুনা পৈরমবনি? হায়বদাই করিগী অমুক তোয়া লৈগদগে। অত্তাবি তৌনরগা ঐথোয়গী শরুক লৌথম থোকইনা? ঐথোয়দা তাকপিদবা করিগীনো। খুন্তীনা হায়রকই

ইচাশা হন্দকী থদ্ধান ককখিবদি, রাজা রাণীশা নত্তে, দুর্য্যধনা ইচাশিংবু য়েকনবগে থন্দুনা কত্তখশিনা তানবগা, মদুংদা থিংখিবনি। মাসিবু ফোংদোকউরবদি রাজা রাণীনু মচাগী মিচংদা লৈখিনি; পিতা লৈতবা মচানিনা ইচা মচাগী মিচং লৈরক্লোই। মরম অসিনা ইমানা ওশিবা মথৈ থংহন্দনা হোংকররুমি; হৌজিকসু ইমাশা হায়বা ইন্নু, ঈমা ইচাগী হাক্তকগী হস্তিনা রাথোক ওইহনগদুসি মরম অসিনা ঐথোয়গী মতম থর' লেন্নবা, থমহুনা হিংনবা উপায় হোংনখিসি! অচম তৌরবদি মাহুনা ঐথোইগী মঙ্গল ওইগনি।

কুন্তী মমাগী বা তারবদা মচানা হায়জৈ, ইমা ঐথোয়দি অতাবি থংদোকপা পাখনি। অহুবু ইমানা হায়বা য়াথংদি, লাইনা হায়বগা মান্নবনি। ইমাগী য়াথংদি নচা মচানা ইকোক্তা হাপ্লগা পুক্রবনা নচা ঐথোয়গী ধর্ম্ম ওইজগে অমুমনা লেপ্নখ্রে। অহুগী তুংদা যুধিষ্ঠিরনা মনাওশিং য়েংহন হায়রকই, ইনাওশা মথোয় য়াথোয় ভিক্ষা চংসি ঈমা পোত্থাহল্লসি। ময়াম্বুংগী বা তারগা আর্জ্জুনা রাথল তৌরুরগা হায়জরকই, য়াম্বুং য়েকনবনা কল্লক পেন্নবা করিগী ভিক্ষা চংলুগদগে। হৌজিক্তি নমাও চঙ্গংচগে, মচাবু মমা মপামা চাওনবা য়োকপা। মচানা চাওরগা মমা মপাবু সেবা তৌবা মসি জগতকী ধর্ম্মনি। ইপাঙ্গল চাওরে হৈহে তমজরে ঈমাগী সেবা তৌরমগনি; ওসিংদি চরা হেল্লসি হয়েং মথৈদি মনাওনা চানবা লাংজরগনি। সত্যনা সাক্ষি ওইরসনু। ভীমনা হায় অর্জ্জুন হস্তিনাগী ইনাকখুনবা ঐনা লোয়না মশক থংজি। ইচিল ইমাও চংলগা হোলজুসি করিগী য়াংলুনি পাঙ্গল লৈরিদনা যুধিষ্ঠিরনা হায় য়াইমা মাচ ফত্তে, হস্তিনা রাথোক ওইরকনি আর্জ্জুননা হায়, দাদা য়াইমা চুংশাইনা লৈবিয়ু। মনাওনা মতম থরদং শুজ নোমজহনা লম্বানজগে, ভীমা হায় ঘরে অর্জ্জুন ইমাওনা পংজদা শুহনা তালদু। ইয়াম্বমা পংহোন্দা হোগলুগে অসিগী তুংদা আর্জ্জুন মমাগী চরন কোন্দুন খুরুমজরকই। ক্ষেত্রিনিংথৌ মচাগী ধর্ম্মদি দিগবিজয়নি, নচানা লন থরদং তাঞবা চক্তগে ঈমানা বিদায় পিনবিয়ু? কুন্তীনা মচা থাম্বা য়ারয়োই থংহনা বর পিরকই। আর্জ্জুননা হায়জৈ দাদা ইবুংঙো অনিমক থবক শুহনা তাল্লুরবসু ইপাগী গুণ ম ংই মনাই দিগবিজয় চংচগে। আর্জ্জুন শ্রীহরিগী চরনবু কাউগদ্র ইমাগী বরদগী ইচাদি লেপনা মঙ্গল ওইজরকউ। অর্জ্জুন মমাগী পদধুলি লোজৈ মরামবা অনিবু খুকমজৈ অহুদগ লিরুং তেন্দোং, লৌরগা যাত্রা তৌথরে। আর্জ্জুন ভীষ্মগী ময়ুম য়োরক্তুনা মবুধোগী চরনদা দণ্ডবত কংলি। ভীষ্ম মসুবু কোনথংলগা হায়রকই আর্জ্জুন ইপুবু নংনা করি হায়নিংবা লৈবগে হায়য়ু। আর্জ্জুননা হায়জৈ ইবুধৌ, ঐথোয়বু পোকপিরমবা ইপা নিংথৌবু চহি মাপনগী বয়স ওইরকপদা উত্তম বিজয় চত্তুনা পৃথি জয় তৌরম্মী হায়বসিবু চুমত্রা? ইবুধৌ। আর্জ্জুনগী রাহং অসি তাবদা ভীষ্ম, পাণ্ডু মচায়াইমবু, নিংশিংউরগা মিংলুদা প্রেমগী ঈশা চেল্লী হিক ১ লাওবা রাহৈনা আর্জ্জুন য়েংহুনা হায়রকঈ পুন্ন কাল্তুনি ওসি ঈশু হুংলকপা রাহৌয় অসি তারগা ঈপুবু নপা পাণ্ডুবু নিংশিংউরগা হৃদি দ্রবির ওঈরকঈ পাণ্ডু ঈচাগী গুণবু ইপুনা করি অমুক হায়গনি। ইচানা লৈবা শক্তিদি চহি মাপন তরকপদা রথ অমা তোংলগা

সহায় তেঙ্গোল য়াওদনা উত্তম বিজয় চংতুনা পৃথিবী নিংথৌবু কয় তৌরম্লী। অসি নংকা কয়রকইরা অসি করিগীনো হায়য়ু ? অর্জুনা হায়রে ইবুঙো মপাগী থুংনবু ফংনবা তাম্নগে লিংবনবা! মচা অদু কা পুরুষমি হায়নে। ইপাগী গুণবু মচা ঐথোৱগী হাকচাং মনখ্রবদি ; চন্দ্রবংশ ইবুঙো খোইগী গুণ মরেং তাবনি, মরম অসিনা নঙ অমুক্তং উত্তম বিজয় লাইবক য়েংজগে। আর্জ্জুনগী ৱাহায় অসি তাবদা ভীষ্ম পেনথুহনা, চেংন কোল্লগা মগুগী লাইবক্তা। হনন্য় মন্না চুপ্পী। হে আর্জ্জুন ইচা য়াইমনা ইগু মডা থনথসি মপাগী থুবম ফংগদব য়াওরোইদ্রা, ৱারমবনি ঙসি ইঙগী নম্বা তাবদা ইথুগেন্নে অমুক্তং নম্বাইবক য়েংজরো। আর্জ্জুনা হায়রে ইবুধৌ খোঙ্গান লৈরবদি নঙ লাইবক য়েংজরগে ; রথ অনগা সারথিগা রণবেশগা ইবুধোদা নিজগে। ভীষ্মনা হায় ইপুনা সোইদনা পিরগনি, কদোইদ চংকনি ইবুধৌ নঙদি যুমদগী যাত্রা তৌরকলবনি হৌজিকমক ল্যাংবিরো চচ্চরগে। ভীষ্মনা হায়রকই নংবু চাক চারবা ননাই শংত্রি ভীষ্মনা হায় করিনী চাদন চংকাদোরিবা। আর্জ্জুনা হায়রে ইবুধৌদদি মিনহা য়াত্রবনা হজংচ্চরগে। দাদা দুর্যাধনা ঐথোইগী বন্ধান ককথি মমংনা ইমানা নহান মথৈ ভীষ্ম তৌতুনা থংকপিরমলে। ঙসিদি ভিক্ষা ফংদনুনা কপতুনা লৈরবদ দু হংজকবদা ঙসিদা তাকথোকপিরক্লনা থংংরে। ইবুধৌথোয় লৈরি অতাবি থুডনরসি হায়রবসু ইমানা যাত্রে। মরম অহুদগী চানা শেংনবা লনসু থর তাকগে ইপাগী থুডবসু ফংবা ঙমত্রা লাইবক য়েংজরগে ৱাকচবনি। হৌজিক লোয়না চরা হেনহৌরি রা অসি তাবদা ভীষ্ম বিষ্ণু ২ লোন্দুন য়াখন তৌরগা হে অর্জ্জুন ইপু রা হায়গে, ইগুশিংদি হৌজিকমক বৈষ্ণবীক্ষ য়াথং ইনবনা মঙল ওইগনি। মসিগী ৱাকম অসি মতম থর কোংদোক্লবা থমখিসী মতুংদা মতম চারকবদা ইপুনা নখোয়গী শরুক থায়দোকপীগনি। অসি হায়বগা সারথীদা য়াথং পিহুনা রথ শেমহনদ্রে রনবেশ পুথোক্লুনা মগুবু লৌজেংবিরে। ভীষ্ম মগু ং মগুগ কাপ্পীরগে থন্দুনা জয়পত্র ইরগা নিলচক্রদা থেংজুনা মগুন হাপ্লীরে, থাং, ত। মুষল, মুদগর, ঝগর, শেল, শিরুং তেঙ্গোং, রথ থম্মা হাপ কংপিরে। *আর্জ্জুন ভীষ্মগী চরন খুরুমজরগ ধূলি লৌরৈ ভীষ্মনা মগুবু মঙল ওইজরকউ হায়না বর পীরে, কৃষ্ণ স্মরণ তৌগনা রথ কাপ্পে। সারথিনা রথথোহনা যাত্রা তৌরকপনা, মৎসদেশদা থুডরে পত্র ইরগা দ্বারোশিংদা থাপ্পিনথি দ্বারা পত্র পুশিনখিহুনা ? মৎসরাজদা কংলি। বিজয়গী পত্র ফংবদা বিরাট নিংথৌ তেঙ্গোল শেমজনা লানথোকলকই আর্জ্জুনগা নিলচক্রদা থেংলিবা জয়পত্র বানা ভীষ্মনা ইরকইবা মরোল্লু পাণ্ডু ইচারাইমনা পোকপা ইগুনিপা আর্জ্জুন অদু উত্তম বিজয় থাগ্রিবনি পৃথিবী নিংথৌশিং লাম্বা তৌনৌ ঙখোয়দবা লৈরগা ইগুগা চারো। লাম্বা জৌনবদা কন্নিগুবা ইহ অর্জ্জুনা লাইবক থিরবদি ভীষ্ম ঐ লাকুনা ইগুগী মরু খুল্লগনি অসুনা ইরকইবা মরোল অদু উবদ বিরাট নিংথৌ, ভীষ্মবু কিবদগী আর্জ্জুন য়েংহুনা হায়রকই।

* ব্যাখ্যা আর্জ্জুননা উত্তম বিজয় চংপসি শঞ্জয় ভারতকী মতমী ইতি।

হে-পাণ্ডৱ অৰ্জ্জুন নংবু উবদা ঐনা য়াম্না নুংশি, নংবু পোকপা পাণ্ডু রাজদু নুংশিনগুম্বা মরুপনি নং য়াম্না লান তৌনগদ্রসি, জয়পত্র ইদুনা কোড়গা লোইনা পিরগে। বিরাট নিংথৌগী রা ভাবদা অৰ্জ্জুন নুংঙাইজরদুনা বিরাট নিংথৌবু বেৱাহার তৌখি, বিরাট নিংথৌ অৰ্জ্জুনবু কোনখি। বিরাটনা অৰ্জ্জুনবু দরবারদা পুশিনখিদুনা আসনদা ফমহন্দুনা, ছন্দেছ কয়ামরুম লানশিন্দুনা পেনহল্লি। জয়পত্রগা লোইননা কোড় মতিক চানা পিরে, অৰ্জ্জুন বিরাটপু ভক্তিগা লোয়ননা বিদায় তৌনদুনা সনা লুপা মনি কয়ামরুম রথদা হাপকৎতুনা, হস্তিনাদা হল্লকই। ময়ুম য়ৌরক্তুনা'মমা মরাম্বু খুৎমজদুনা পুরকপা সনা লুপা মমাদা কৎশিল্লি, খুমিং অদু মুত্তথাইনা চা থক্তুনা পোংথানবে। নোঙতাল্লবদা কুন্তীনা অর্ঘ বেঙ্গল থোংবা লোইত্তুনা, শ্রীকৃষ্ণদা লুক কৎলগা মমা মচা তকক কংমিন্নবা। অদুদগী অৰ্জ্জুন শাজোল্লাংলগা, মমাগী চরন্দ খুরুমদুনা পদ ধুলি লৌবগা মকোক্তা হাপচখরে, কুন্তীনা মচাবু বর পিবিরে। অৰ্জ্জুন মযাম্বা অসিবু খুরুমজরগা, বথ তোংদুনা অমুক যাত্রা তৌখ্রে। দেশ খুদিং বিজয় চংনকপদা লাম্বা থেংনরুবা খুদিং কৃষ্ণগী কৃপানা জয় লৌজরকই। ভারতকী নিংথৌ কয়ামরুমনা, অৰ্জ্জুনদা লান তৌনদনা গুরুজনগী গুণ য়েংদুনা অমসুং ভীষ্মবু কিবদগী, জয় পিথোকরুকই। অৰ্জ্জুন ভারতকী নিংথৌ জয় তৌরগা, লন কয়ামরুম অযুমদা পৈরমলগা। চীংগী নিংথৌ জয় তৌরগে থন্দুনা, অরাং পাংনা বিজয় লাকপনা, চীংদা পানবা লমহেল্লবা কিরাট; হুরন্দ, পুলিন্দ, শবরি, কুকি, জাতি কয়ামরুম চীংদা লৈবা নিংথৌশিং লোইনা জয় তৌরকই। হিমালয় লানশিদুনা গন্ধমাদনদা পানবা কিরাট গন্ধৰ্ব্বগী নিংথৌ, মীকি লাইকিত্রবা প্রতাপ চাওরবা কাংবুগা মমিং ৭ নি চুপনা অকনবা লাম্নেংনবদা, গুরু কৃপানা মরম ওইদুনা ব্রহ্ম অস্ত্র কাপলগা। কিরাট গন্ধৰ্ব্বগী নিংথৌ হাংলি। নিংথৌ শিরবরা কিরাট গন্ধৰ্ব্ব পুম্নমক অৰ্জ্জুনদা চংজখি, অৰ্জ্জুননা মথোইসি লমহেল্লি মতু কাওবা, কিননবা তৌরমগে থন্দুনা মথোয়গী হোজং পম্থোংদা য়োংকা যুম্বী যুংলগা লোয়না। মনা লাওনা হুংত্তোকই, অদুদগী মতুংফাওবা জাতিগী চংনবী ওইনা, মনা লাওহনগদবনি হায়না। অৰ্জ্জুননা তাখি।

অৰ্জ্জুনগী হাক্তুগী হৌনা কিরাটগী জাতিনা। চংনবী ওইনা মনা লাওনখি, অৰ্জ্জুননা দৈত্য দানব, গন্ধৰ্ব্ব, কিন্নর, যক্ষ, রক্ষ, লোইনা মথং মথং জয় তৌরকই। অদুদা অলকা পুরী য়ৌরদুনা কুবেরগা মমিং তরানি চুপনা লাম্বা হৌনবদা। গুমরদুনা তরামাথোইনি গুবা মুশিত্তা, গুরু দ্রোনবু স্মরণ তৌদুনা ব্রহ্মঅস্ত্র কাপপদা, ব্রহ্মঅস্ত্রগী মেনা প্রলয়গুম হোরক্লবদা। কুবেরনা হায়জখি হে-পাণ্ডৱ অৰ্জ্জুন নঙোন্দা চংজরবনি নংনা প্রান কল্লু, ব্রহ্মঅস্ত্র হন্জিল্লু হায়জরকলে, অৰ্জ্জুন সংবরণ মন্ত্রগী গুননা। ব্রহ্মঅস্ত্র হন্জিনখি স্বর্গগী লাইনা অৰ্জ্জুনগী মথক্তা লৈ চাইথদুনা হন্না কন্না থাগৎনখি, অৰ্জ্জুনবু পুশিন্দুনা কুবেরনা রত্ন আসনদা ফমহল্লগা। মতিক চানা ছন্দেছ লান্দুনা পেনহল্লি। জগোই শাবা কয়া জগোই শাহল্লি, কুবেরনা জয় পত্রগা লোইননা। হিরা মানি রত্ন কয়ামরুম কোড় পিরে। নোংমা পোথারগা অৰ্জ্জুন কুবেরবু খুরুমলগা বিদায় লৌজদুনা হল্লকপনা বাউ মন্ত্রগী গুনা বিজয়া হস্তিনা য়ৌরকই। পুরকপা লন থুম মমাদা কৎশিল্লি, মচাম্বা অনিবু গুরুমজে মনাও নকুল সহদেব মরাম্বু

থুরুম্মী, মচিন মনাও মতা চেংম্না চান্না কোন্নহুনা ব্রামী শানখি; মচানা তাল্লকপা লান্না কয়ামরুম লৈঙ্গ-ব্রবদা, বৈষ্ণববী কুন্তী লাইরবা অসোম অনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব কয়াদা দান তৌই। মমাগী দান উবদা অর্জ্জুননা মমাগী দান তৌনিংবহু নিংবা থুংমনবা, মণবী থরদং লৌরুগে নিংহুনা, মমা ময়াম্বা থুরুমজরগা সারথী লোইনহুনা শেম শারগা। অমুক বিজয় যাত্রা তৌখ্রে।

অর্জ্জুন্না হস্তিনাদগী যাত্রা তৌরকপদা ব্রাথল তৌই, মণ ম্রান্না লোইবদি গোকুলগী গোপনিংথৌ নন্দরাজ অসি, ইনাক খুনবা মণ ম্রান্না লোই হায়না তাই, মাবু জয় তৌরগা মণবী থরদং লৌরুগে। অমুম্না থন্নুনা অর্জ্জুন সারথীদা ব্রাথং পিহুনা, ব্রজ ভূমী গোকুলগোমদা রথ থৌরকপনা, গোকুল রাজা নন্দ নিংথৌগী হোজংদা থুংলরে। অর্জ্জুন রথ থারগা পত্র ইরহুনা দ্বারী গোপ অমদা, নিংথৌদা পিরু হায়হুনা থাজিনখি দ্বারীনা পত্র পুশিনখিহুনা, নন্দ মহারাজদা পত্র কংখি। নন্দ নিংথৌ পত্র পাহনা ব্রেংবদা, অর্জ্জুনগী দিগবিজয়গী মরোল ফংবদা। সভাদা ফম্মিবা নন্দ, সুনন্দ উপানন্দ, গদ, উপগদ, ঝিলি, উপঝিলি পাত্র মন্ত্রি পুম্নমকনা থন্নরকই

পাত্র মন্ত্রিশিংনা হায়রৈ, মহারাজ হন্নক দিগবিজয় লাকঈবসি হস্তিনাদা নিংথৌ ওইহুনা মতিক চাওনা পাণ্ড ংশগী পাণ্ডুরাজগী মচানী, ভারতকী নিংথৌশিংবু জয় তৌরকলবা। অর্জ্জুন হায়বহুনি। মাগা চান্নবনা কগনি পাত্র মন্ত্রি অহল্লমনগী ব্রা তারবদা, নন্দরাজনা অর্জ্জুনবু কৌশিল্লুনবা পাত্রশিং থারকই; গোপগী পাত্র মন্ত্রিশিং অর্জ্জুনবু বেব্যহার তৌহুনা, নন্দগী সভাদা পুশিনথরে। অর্জ্জুন নন্দগী সভাব্ থুকন্মগা; য়েংওকপদা নন্দ নিংথৌব উবদা কৃষ্ণগী কৃপানা, পাণ্ডু পিতাবু নিংশিংওক্লুনা রিতৃ স্নেহগী প্রেম থংহৌদনা, থমোঈদা কাওরকপদগী। অর্জ্জুননা নন্দ মহারাজবু ইপানিংথৌ থুরুমজরি হায়হুনা। অস্টাঙ্গ ভক্তিনা দণ্ডবত কংলি। অর্জ্জুনগী মশক মতৌ, ভক্তি উবদা, কৃষ্ণ মচাগী স্মংশিবা প্রেমগুম হৌবক্লুনা। নন্দরাজ চেনশিল্লরগা এান পুত্র ইপা কোন'গ হায়হনা চিঙখংলগা চেংনা কোল্লি। নন্দনা হায়রকই হে- পাণ্ডবকি অর্জ্জুন মতিক নগুন লৈরবা। দিগবিজয় লাকঈবা নহাক্না গোপ নিংথৌ ঐবু উবনা ইপা নিংথৌ হায়হনা। ভক্তি তৌরিবা কারিগীনো হায়য়ু? অর্জ্জুন্না হায়রকই মহারাজা ঐস্ন স্বর্গতি ওইখ্রব ইপাবু নিংশিংলুবদগী, প্রেমনা ভাউখিবদগী ইপামক্তি নিংহুনা, থুরুমজখিবনি। নন্দনা হায়রকই মহাবীর ঐগীস্ন থরাংদগী হেন্না নুন্না নিংঙ্খ্রবা। কৃষ্ণ কৌবা ইচানিপা অমংং লৈ, ইচাহুগা রাজকুমার নহাক্না মীওচ শক চু মান্নমনথ্রহুনা, ইচামক্তি নিংহুনা বাসল্য প্রেমদা পুপলগা কোল্পথরবানি। ঈশ্বরগী নোংদমদগী নহাক ঐহাক লুপ্নখিবা প্রেম অসি, মতুং কাওবা লেংদনা লৈননবা, এগী য়ুমদা ইচা কৃষ্ণগা অর্জ্জুন নহাক্না মরূপ ওইনরো।

ঙসি অসি ঐগী য়ুমদা পোথাবীরো। হৌজিক ইচা অহু জাতিগা থর্ম্মনি হায়হনা, ময়াম্বুং বলরামগা সখাশিঙ্গা লোইননা বৃন্দাবনদা মণ শেনবা চংখি। ইচাগা মরূপ ওইরগা ইমাংদা পিক্তা পিক্তা হায়হুনা থন্নাং লেপশদু য়েংজরগা, ঐগী থমোয়দা ইচা অনি পোকসরে হায়না মুংওাইজগে। নন্দরাজগী প্রেমগী ব্রা অসি তাবদা কৃষ্ণ ভক্তী লৈবা, অর্জ্জুন অহু। সাধু সঙ্গদগী

গোলক মাথা ভগবাণ্না পোক্লরইনা, বৃন্দাবন্দা লিলা শাগ্নরবনি হায়রবসি খংজৈ মরম অহুনা নন্দ মহারাজগী য়াথং পুহনা বৃন্দাবন্দা, শ্রীকৃষ্ণগী গোচারন লিলাবু দরশন তৌজনিংবনা। খশোয়রদা অমাখা খোয়রাংবা ওইরবুমা আর্জ্জুনা হায়জরকই। পিতা মহারাজ য়াথং পিনবিয়ো; হৌজিকসক মচাইবুংঙোগী খণশেনবা য়েংজরগে। আর্জুনা কৃষ্ণদা প্রেম লৈবা অহু উবদা নন্দরাজ মুংঙাইজরইনা হায়রকই, আর্জ্জুন ইচামা ইপাগীদা লাকপদি কম্বি অপামবা পোৎ লাওঙু হায়রগে!

অর্জুনমা হায়জৈ ইপাগী খৌজান্দগী কৃষ্ণ নচাইবুঙেঙা ফংজরগা লোইরে, অতৈ থোইদোকপা নিজরোই। আর্জ্জুনগী য়া তারবদা নন্দ নিংথৌনা জয় পত্রগা লোয়নমা, সনা লুপা হি-য়াই কয়ামরুম পিরগা হায়রকই। আর্জ্জুন কৃষ্ণ ইচাহু ঐগী য়াথংনি হায়রবদি ইচাবুসু লুনা তৌরমগনি য়োয়ো কৃষ্ণ কৌবা ইচাগী মশক্তি ময়ামদগী তোপ্পনি, উবদা হেক্তা খঙগনি। নন্দগী য়াথং ফংবদা খুরুমজহুন বিদায় লৌজরগা! খোরজুনা রথ তোংলগা সারথীদা য়াথং পিহুনা বৃন্দাবন লোমদা রথ থৌরক্লে, বৃন্দাবন য়োরক্লবদা পম্বান্দা রথ থারগা সারথিবু থনমলগা, আর্জ্জুন গোচারন মফনদা চিন্তামনী ভূমীবু খুরুমলগা চংজখ্রে। মুমিৎ অহু রাম কৃষ্ণ অনিনা লুচিংবা অময়ম ওইরগা। অহল্লোন নহারোন ফিবুনহাবী (গেণ্ডু লিলা) খদির বন্দা শাগ্নরি। শাগ্নরিবহু লাপতক লৈরিডৌদা অর্জ্জুনা উজরকই রাম কৃষ্ণগী রূপ উজবদা প্রেমনা জ্ঞান মাংখিহুনা য়াম্বহুমা তাখ্রে। অমুক জ্ঞান তারকপদা উথোং অমদা কমলগা, কৃষ্ণগী প্রেমনা গঙ্গা ইহৌরকপগুম। পি শিম্বহুনা কপলগা লৈজরে। মনাই আর্জ্জুনগী ভক্তি প্রেমদা থাজবা ওমত্রহুনা কৃষ্ণনা মনাইবু কৃপা পিনিংবদগী; শাম্বা ওমত্রহুনা শাম্বব লেপলগা বলরাম য়েংহুনা হায়রকই। দাউজি শাম্বদি অমুক্তা লেপখিসি, ইচিল ইনাও জানসদবা অমা লৈরে, সথাসা নখোই অমুক্তা লৈহোখো।

শ্রীকৃষ্ণনা সাথা ময়াম্বু থনম্বগা বলরাম পুহনা, মনাঙনা লৈবা মফমদা লেংখ্রে। গোপ অমতংদি রামকৃষ্ণগী তুংদা ইরখি: রামনসু থাম্বা নংহৌদে কৃষ্ণনসু নৈদৌ হায়দে। অতম ইরখি অহুম লেংশিমখিবনা অর্জ্জুনগী মাং য়োরক্লবদা! দরশন পিরগে খন্দুনা বলরামনা য়েংতা কৃষ্ণনা ওইদা লেঙ্গোরহনা মুমিৎ থা অনিনা পুলপ থোকপগুমমা খরাংতানবিখরে। রাম কৃষ্ণগী চরণ্ডা (স্তুতি) কয়ামরুম লৈসি লৈখোমজহনা চৈসু তাবগুমনা খুকমজরে। শ্রীকৃষ্ণনা মধুরবানিনা হায়রকই, মহাশয় নহাকপু য়েংবদা নতিক নগুন চাওবা! সংকেত্রি নিংথৌমচা মাম্নি। নগুণ চেম্বা নহাক্লা খণ শেনবা গোপ মচা ঐখোয়বু উরগা। দণ্ডবতনা খুরুম্নীবা কম্বিগীনো নহাক্কী পরিচয় তাকউ? কৃষ্ণগী মধুরবাম্না তারবদা আর্জ্জুনা হায়জৈ, হে ভগবান ননাই ঐহাক হস্তিনাগী শাণ্ডুরাজগী মচা কুন্তীগী গর্ভদা পোকপা চন্দ্রবংশ মচানি! ইম্নিংনা আর্জ্জুন কৌই দিগবিজয় লাকচবনি পিতা নন্দরাজনা য়াথং অমা তাকপিরকই। বৃন্দাবনদা চংখো কৃষ্ণ ইচাগা মরুপ শাম্নখো। অমুগ্না তাকপিরকপা

য়াথং মতুং ইন্না। রাম কৃষ্ণ ইবুঙো অনিমক্তা গোচারন লিপাবু দরশন কংজনিংহ্নবা ল্যাকচবনি ঐনা সাধু সজ্জনগী তাক্তে গোলক বৈকুন্থদা থা থোক্লুনা নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা অবতার তৌরগা বৃন্দাবন লিলা শান্নরি হায়বসি। মরম অদুনা রাম কৃষ্ণগী চরন পদ্মদা খুরুমজরি, কোটি অপরাধ লৈরবসু ভাকপীয়ু। ভক্তি থংজরবা ননাইগী অপরাধ ভাকপিরগা; চরণগী ননাই ওইনা লৌশিনবিয়ু, অর্জ্জুনগী ভক্তিদা পেল্লদুনা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরকই। হে—মহাশয় ইপাগী য়াথং লৈরবদি ঐনসু নহাকপু য়ান্না নুংশিজে, নং য়াক ওসিমথৈ মরুপ শান্নরসি ঐগী জাগাদা লাকপিবনিনা ঐ হান্না কৌজগে। হে প্রানসখা হায়না কৌবিরকই, শ্রীকৃষ্ণগী থৌজান ফংলবা আর্জ্জুন্না নম নমঃ ব্রজনাথ হায়না খুরুমজে। অর্জ্জুনগী ভক্তি উবদা মথ্যপ্রেদা; থৌজানবিরগে নিংলবা কৃষ্ণনা হায়রকই ঐবু ইকাইবা ফংহনগনু, অমুক্তা কৌজগে হন্নকমুকসু খুমজরবদি; কৃষ্ণ ঐবু হাংপা পাপ ফঙহ্ অসুন্না হায়রগা হে প্রানসখা হায়না কৌবিরক্লে। আর্জ্জুন কৃষ্ণগী য়াথংবু কিরদুনা সখা হায়না থৌগজরগা দণ্ডবত ভক্তি তাখি।

শ্রীকৃষ্ণনা বলরাম লেপ্লোনরম্বা থাদোক্লুনা শ্রীভুজ অনিনা মমাই অর্জ্জুনবু চিংথংলগা। ইতাও নং য়াক মরুপ শান্নবগী প্রেম অনিজন তৌনসি হায়রগা হৃদিদা চেজেৎ কোনবিথরে। শ্রীকৃষ্ণনা অমুক তাকপিরকই ঐগী ইয়াম্বা বলরামবু ঐনা দাউজি কৌজে, ওসিমথৈ ইতাওসু দাউজি হায়ন কৌ থৌগজগা চরন্দা দণ্ডবত কৎলি। বলরামনা ইনাও ইবুঙো হায়না চিংথৎতুনা কোনবিরে কৃষ্ণনা অমুক তাকপিরকই ইতাও নঙ্গী লিরুং তেম্নোং অহ্নগা, ঐগী বাশী অসিগা মতম থরদং ওন্নসি। ঐসু নংগী লিরুং তেম্নোং অসি হৈনবা অভ্যাস তৌজগে নংসু ঐগী বাঁশী অসি খোংবা হৈনবা হোৎনরু অসুমনা তাকপিরক্লে। আর্জ্জন লিরুং তেম্নোং লৌথোক্লগা কৃষ্ণদা কৎলি, কৃষ্ণন বাঁশীবু আর্জ্জুনদা পিরগা তাকই, ইবাও নংনা ঐবু উনিংবা মতমদা অচিকপদা অহিংদা ভনি অসুম থেক্লগা খুৎখুৎ অসিদা মরোন হাপগা কৃষ্ণ ঐবু কৌরকউ। খুদক অদুদা ঐ নমাংদা লেপ্লগে অদুগ বাঁশী অসিদি ঐগী প্রাপ্নি, নংবু মুংশিমনদুনা মতম থবগী হৈহনবীদুনা পীবনি মী অমত্তা উহনগনু মাংবা য়াবা যন্ত্র নত্তে, য়া অসি হায়রগা কিগে ওজামতৌন খুবাক মরুম শেগায়রগা চেংনা মুরলিবু রেংশিল্লগা পার্জ্জুনগী মখুত্ত শিন্নরগা বিদায় পিবীবে। আর্জ্জুন রাম কৃষ্ণ অনিগী চরণ খুরুমজরগা পদধুলি লৌজদুনা মকোক্তা লৈতেংজরগা রথকি মনাক্তা হল্লকই। রাম কৃষ্ণ শান্নকম তান্না লেংশিল্লমই মতম অদুদা বলরাম অঙকপা অমা লৈরদুনা? কৃষ্ণদা হঙকই। হে প্রানাথ কদাই ইয়াম্ববু অঙকপা অমা লৈরে ইচিন ইনাওগী ফুংদা ইন্নরকইবা গোপ মচা অসি অর্জ্জুন কৌই মশক মমিংও থঙজী গ্রাম অসিদগীনি ময়ুম অসিদা লৈ মমা মপা অসিগী মচানি হায়রদি থংদে। নিজিগী থণ্ড শেমমিন্নৈ ওসাই ঐথোইগী ফুংঅমুক লৈরক্লে। ইনাওনসু ওশাই মাবুদি লাকমুঙ হায়দে মাসি ইয়াম্বা ওকই বলরামগী হঙকপা য়া তারবদা? কৃষ্ণনা হায়রকই।

দাউজি ওসি মরুপ শান্নখ্রিবা অর্জ্জুন অত, ঐগী অবতার খুদিংদা লোইনরবা মা ঐ থানবা য়াদবদগী মাগী সিদ্ধ দেহেনা। গোপ ওইদুনা ঐগী থৌগল্লরিবনি। মশা অদু লাক্লবনিনা মানা ঐখোইগী তুংইন্নরকপনি আৰ্জ্জনগী মনাক য়োবদা উথিদবনা মশাগা তিন্নখিবনি, আৰ্জ্জুন চৎখ্রগা সিদ্ধ দেহেন গোপ ওইদুনা ঐগী থৌগন লৈহৌবনি। ব্রজদা মমা মপা লৈবা গোপ নত্তে অমুম্ন কৃষ্ণনা তাকখি। বলরামনা কৃষ্ণগী মনাই অর্জ্জুনগী গুণা কৃষ্ণগী লিলা থংসি অমুম্না বামকৃষ্ণ রাখালশিংনা শান্নদুন লৈহৌই।

— — — —

অধ্যায়ঃ—

## আর্জ্জুন উত্তম বিজয় লোয়রকপা কৃষ্ণগা শক খঙনবা

বারা মতাং।

বৈশম্পায়ননা হায়জরকই পুক্রি চংনে তাও জয়েশ্বর নিংথৌ নংবা অর্জ্জুন শ্রীকৃষ্ণ লিলা স্থান ওইবা বৃন্দাবনদু থুকুমলগা থোরক্লুনা অসোমদা অর্জ্জুন রথ থাদে. সারথি অহদি রথকি মপ্পক্তা লৈরগা লাপ্পা কৃষ্ণবু দরশন ফংজববা। চেমনা লুপকুনা থমোইদ কৃষ্ণগা কুয়ু শিংখংচবগা! ভক্তিনা চেংনা পুজখি। রথ অমক থোরক্লনা লাকপনা হস্তিনা লেবাক য়োবক্লে অর্জ্জুন দিগবিজয় তোংলগা খন্দুনা, সারথি বিদায় পোইব্রে সারথী ভামগী থাম য়োরকলগা, রথসালাদা রথ, শংগোলশাদা শগোল থমলগা। ভামবু থুকমলগা পাঙ ত্রেমলমদগী সংসার!! অাস খাদ্রোক শিরং, মথুমদা চন্দ্রমদনা গোবর্দ্ধন তাপ্পা চংখিবুম! তিবা গোবর্দ্ধনগী লোকভংদা চাদ থক্লনা কুমদু নিংথবনা ৭ নিশুবদা পঞ্চ ভৌতিক দেহ থাদোকলগা! গোলুক বৈকুণ্ঠ ফংখি। অর্জ্জুন ময়ুমদা হস্তিনাক্লগা মপা মমাম্বা থুকমলগা; পোরকপা সনা কপা মমাদা কংশল্লয়লগা রাৱীশারমদন ইমাদা চঙখ অর্জ্জুনগী খোপাংবু ভমনা কুপনা লৈচিং, অর্জ্জুন অচিকপা লিবা রাডাং ভমদনা মপানদা অমুক চংখবগু ভীমনা য়েংই। ভীমনা রাথন অমা লোই ইনাওসি হাওরব। অচাপোং অমা য়াওরে ময়াম মমাংদা পুখোকলবদি য়ামনা থুংনরোই অচিকপদা মত্তোমদা চারগে খন্দুনা অচিকপদা মত্তোমদা চারগে খন্দুনা অচিকপা লাগা খেওবনি। অদুনাদি ঐ শেন্নকথিগে মানা পুখোকলকপা মতমদা। য়েন্নংনা চাকোনগে খন্দুনা অর্জ্জুন!! তুংদা লাপ্পক হন্দুনা চংনে। অর্জ্জুন মালগী লৈগী বোম মনুংদা চংলগা উবো অমম ফমলগা মুকলি অমুক্তা থোংলগে নিংদুনা। কোইনা য়েঙ্গুকই ভীমনা লাপ্পকনা শেন্ন. না লৈরমগে। অর্জ্জুন উহনানিংদদুনা পুখোকত্রে; মুমিজ্জবা কাওবা ভাম শেন্নদুনা লেখ্রে। নুমিংতারবদা আৰ্জ্জুন য়ুমদা হক্লিনখি। ভীমসু হন-খিনখি শাগোমনম্নাবা বাপা অহ্ থমকম খওগ্রহনা চারে লোইনরে তুরগে শাগোনরে চংলে পুরে ইকুমরে য়াওরে ভামনা অমুকখল্লি ইমাওসি চাবা ফজবা মীদি নত্তে ঐনা শেন্নরে হায়ব সু খংলে

অচাপোৎ ওইরবদি পুখোল্লগনি। পুখোকতবা অসিনদি অচা পোৎত্তি নত্রে, হক্তক চৎলুবা খোংকমদা হিং থাইগুবা অমা কংডকপা তারে। পোৎশক অহু মানা থাদোকপস্থু ওমত্রে; পোৎতুগী সিদ্ধ য়েংনিংবদগী অচিকপা মকম খিবস্থু ঐনা শেংবদগী পুথোকত্রে, অহুনদি শেন্নবগী শেন্নবা অসুম শেন্নরগে।

ফাওবা য়াবা হি-য়াই ওইরম্মবস্থু, মায়াক য়েন্নহুনা ফাওমিন্নরগে, খন্দুনা শেন্নবস্থু তোকত্রে, অসুম তৌরকইবসি মডানি গুরক্লে। তরুকনিগী প্রাত স্নান লোইরগা অজর্জুনস্থ, ফিজাও ঝন ঝন ইন্দুনা তুমিন বনরোমদা চংখি; অর্জুনগী শাজৎশি উবদা যুধিষ্টিবনা, ভীম য়েংলগা হায়রকই। বৃকোদর মনাও য়াইমা সিবু মহেশাগা মান্নদে, উনহৈদবা ভুং প্রেত ওরুকবনরা। ডাওচৎনবা তুমিন তুমিন অচিকপা উমং থিবগুম্ব। শাজৎ অমা তৌই অহি অশিং য়েংহৌবনা ফগদরা! ভীমনা হায়জে য়াম্বুং ইনাও অসি ডাওবদি নত্তে; করিগুম্বা কৃপা অমা লোইনরে, কৃপা বস্তু অমক্তং লোন্না সিদ্ধ য়েংনিংবদগী অচিকপা থিবনি। ঐনা শেন্নবদগী পুথোকপা ওমত্রে। ঐদি মাবু শেন্নরুখিগে ইনাওশি অহিং অতিং অসি, মতোমদা য়ুম্মচা অমদা থম্মীবনস্থম ফরগনি; হায়রমলগা ভীমদি গদা পাইরগা! অর্জুন শেন্নবা চংখ্রে।

যুধিষ্টিরনা মনাও নকুল সহদেব অনিগা, হৈকোনমনুংদা ময়ুম মচা অমা শারগা! ফক্লাং খাজিন্দুনা ইমুংহু মান্না রাই তৈথোকপিরগা, ফমুং থাহুনা থম্মীরে। অজর্জুন মুমিৎ অহু চাবা থকপা নিংশিংদনা, যমুনাগী খোংবান বন্দা চংখিহুনা কনা লৈবগে য়েংই, ভীমনা বমগী পম্বান্দা চাওংশল শেন্দুনা লৈরম্মী। অজর্জুন চাক চাবা হজ্জিন্দ্রে, ভীমস্থু চরা হেন্দুনা শেন্নরে, মুমিৎ তারবদা হজ্জিন্নরক্লে মুমিদাজি চাক চাবা লোইনরবদা, যুধিষ্টীরনা অজর্জুন্দা হায়রকই; য়াইমা ইনাওবু নতোমত্তা লৈনিংবগুম উই। ইনাওগীদমক তোপ্পা লৈজনবা মোংকী হৈকোন মনুংদা, য়ুম মচা অমা শারগা ফমুং থাহুনা থম্মীরবনি, অদুদা লিপচবা য়ারগনি। অজর্জুননা হায়জে য়াম্বুং নোংমা নিনিদংদি তোপ্পা লৈজগে হায়হুনা পোৎলম থরং লাংশিল্লি বদি অমা হরুক পানা লৈ পত্র ধুপ অসিনি। কুন্তী যুধিষ্টীর ভীম নকুল সোহদেব মাগী মাগী শযাদা পোথানরে, অজর্জুন ভীম তুমথবা চাহুনা লৈরে। ভীম ভাব তাহুনা নাখোকশিনরে, অজর্জুননা ভীম তুম্মমানে নিংহুনা থাউমৈ অমগা তপ্পা থোক্লকুনা পোংস্থ তপ্পপা চিংশিল্লি। হৈকোন তাবা চৎখ্রপা য়ুম মনুং চংহুনা থোং থিংজিল্লম্মি লময়াই রাই তৈথোক্লগা ফিরে আসন অমা থারে, হৈরুক পানা লৈ পত্র লাংইবত থারে আসন মথক্তা বাঁশিহু থম্মা। ধুপ বত্তি কৎলগা মরিয়ক য়েংওইনমা কোইরগা! দণ্ডবত তাহুনা খুরুম্মী। ভীমদি অজর্জুন্না চৎখিবগা হৌগৎহুনা লোন্না লাকই, মনাওনা তৌরিবা অহু ককলাং অহোবদা, তুমিন্না য়েংহুনা লৈরে। অজর্জুনা পুজা ভক্তি লোইরগা, বাঁশিহু য়েৎলিবা গুপ্পা মচেৎস্থ লোথোকই, আসনদা বাঁশিহু মনিগী মহৌশমা ইনং লংনা ডাল্লকই, ভীম বাঁশিহু উবদা, খংহৌদনা তু চুডজ্ঞি মিং অনিদা পী শিনথরকই। অর্জুন্না বাঁশিহু পাইথংলগ ত্রিভঙ্গদা লেপলগা! হা কৃষ্ণ হা কৃষ্ণ হায়না খোংডকই। মনাই অজর্জুননা বাঁশি খোংহুনা কৌরকপদা ব্রজনাথ শ্রীকৃষ্ণ, অবিভূর্ত লেওক্তনা মনাইগী মাংদা লেপ্পরে।

অজ্জুর্ন মখুৎেঙা ভক্তি কৎপা নংত্রি, ভীম অহু শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা প্রেম্না ঙাওখিড়না। ককলাং নমথেকলগা চোংশিনখিহুনা। কৃষ্ণগী চরন্দা খুরুমখি।

ভীমনা হায়ৈজ, হে-কৃষ্ণ ননাইনা ইনাওবু শেন্নজবদগী, কওডমত্রবা ভগবান নঙি চয়নবু, কংজরে। অজ্জুর্ন্না ইবুঙেঙা নহাক্কি কৃপা ফওঙক্রগা মতোমতগী মরল ওটনিংলক্মিবা অসি অহুক য়াম্না মবুক কত্তবা ইনাও নত্তে, শঙ্গনা তৌহনবনি। শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙেঙোনা মী খংহনগনু, অচিকপদা ইবানিদা উনসি হায়না, তাকপিরিনি। হৌজিক্তি ইবুক ফবা ননাই ঐনা, কংজরবনিনা থাদোক্লরোই, মঙা য়াকথোইবু য়োক্লকপদা রাজরক্লবী ইমাবু; তব চরন দরশন ফংংনখিনি। ঐনা ঈমা কৌখ্রিরৈদা, পুকচেন ফজ্জদবা নপ ননাই মানহুনা লেংথিনি, হৌজিক ননাইনা থৌগনবা তারে হায়রগা। ভক্তগী ইন্নফিনা কৃষ্ণগা শ্রীহস্ত অনিবু; তুংবুন্ননা ফাজিল্লগা যাত্রা উখোংদ চেৎনা পুনশিল্লে। ভীমনা অজ্জুর্ন্দা হায়রকই, ঐ ঈমা ইয়াম্বা ইনাও লৌরুখিনি নবুঙেডাবু থাদোকলমবদি, গদানা নকোক্তু য়্বেখাইগনি হায়রমলগা। চেনখ্রে। অজ্জুর্ন কৃষ্ণগী চবন্দা খুরুমজরগা কপ্পুনা হঙ্গলি, হে-প্রাননাথ সখা ঐগী ইয়াম্বা য়াইমানা পুল্লম্মীবা অসি, ননাইনা থাদোকপস্থ ভম্মোংদোরে, কোটি অপরাধা ঙাকপিয়্। শ্রীকৃষ্ণনা হায়রকই ইতাও ঐ রারৌদে দাদায়াইমা অসিগী থমোই উবদা পেল্লে, মনিং থুংনবা লাংজখিসনু, ঐবু থাদোকনু। মতৌ অম্নুম্না মনাইগী ভক্তিগী মখা পোনবীবা হরিনা, ভীমগী ভক্তিনা পুনবদা লাম্হোকপা ঙমদহুনা মনাইবু ঙাইখি।

অংসোংমদা চেনখিবা ভীমনা, মমা ময়াম্বা মনাও হৌদোকই, ঐমা ইনাও শেন্নজবগী মহৈ য়াল্লে! অজ্জুর্নগী জাগাদা শ্রীকৃষ্ণ লেংবিরক্তুনা! নৈলহৌবে। দরশন তৌরুসি হায়হুনা লোইনা পুহনা লাকই, ইমংদা পুশিল্লগা ভীমনা হায়রকই, ঈমা অমুক্তা ঙাইবীখো। কৃষ্ণসি চেনখিদনবা ঐমা পুন্দুনা থম্মী, অমুক্তা থাদোকচখিগে অহুগা কোয়া খুরুম্মীয়্, হায়রগা কৃষ্ণবু শাদোক্লগা আসন মথক্তা লেঙখংলি। ভীমনা হায়ৈজ প্রভু ননাইনা পামজবা ভজি ইখুংমা থোগল তৌজগে হায়রগা! কৃষ্ণগী ললিত ত্রিভঙ্গী মওং অথরদা বাঁশি থোংবা চুরানা ওইদা চেপ্তুক তৌবা! মুর্ত্তি মানা শেমজৈ। ভীমনা থোগজববু য়াবাহুনা জগতপু শুমহৎনবা মুর্ত্তিনা ঙানবিখবে, কুন্তি যুধিষ্টির ভীম অজ্জুর্ন নকুল সোহদেব তরুকমক, শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি কয়ামরুম লাংহুনা! চরন্দা দণ্ডবতনা খুরুমজখি। শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরকই ইতাও অজ্জুর্ন, ঐগী ইমাংদা লৈরীবা অতৈ অসি নঙি করি থোক্লবনো ঙাকউ? ওস্থোংপা মুংশি লোইনা খংনানিঙিঙ। কৃষ্ণগী মধুর বাক্য তাজবদা অজ্জুর্ন্না হঙংচৈ প্রভু ঐথোই মঙা অসি পোকমিন্নজবনি, ঐথোইবু পোকপিবা ঈমা লাইবক থিবীনা অসিনি! জগৎকী মবুঙেঙা ননাই ঐথোয়বু চরণগী ননাইগী ননাই ওইহনবীয়্ কুন্তীনা কপ্পুনা হায়রকই। হে কৃষ্ণ ইবুঙোদি অন্তর্য্যামিনি, অহুম ওয়নমক নর অবতার তৌবিরবনিনা, মীওইবগী মওৌ লৌবীরগা তাকপীরি, ননাই হঙ্গচগে। ইবুংঙোদি কংসগী কারাঘরদা পোকপীরগা, বাসুদেবনা থৈহুনা গোকুলদা চাওরবনিনা, জগতনা নন্দ যশোদাগী মচানি হায়না, খংনথরে ননাই কুন্তীদি বাসুদেবগা পোকমীননবী মচনবী, মীওইবগা

থরকৎনা। পংচাদা চাথরে। শিব শক্তি ওইবনা ভীমসু থনবা মাইদে, চফুসু কৃষ্ণগী শক্তিনিমা চাক্ক অরাংপা লৈতনা থোকই, হাপ্পীবা' স্তীদী মীওইবনিনা রাবনা প্রান পুবা ওম্মক্তরে। কুমৈ ওইনা য়েংইবা মরিসু হুমাং কাংলে, মমাগী মতৌ য়েংবা ওমত্রহুনা যুধিষ্ঠীরনা হায়রকই, য়াইমা ইনাওগী গর্ভহু মতুংগী খরা থাকও, ঈমাগী মতৌ য়েংবদা রারে পোত্থারোনা। ময়াম্বগী য়াথং তারবদা ভীম অত, চফু নং ঈমানা রাত্রবদি ঐগী ইতিক থঙদবধু য়াহেদো হায়রগা; আচমন তৌরে ঈমা কংবিরে হায়ত্রখি।

কুন্তী ওহাক পোত্থরগা অতিথীগী অন্ন দান তৌরকই, অদুগা প্রসাদী ফংখি চাবা থকপা লোইনরহুনা চৈ-পামা লৌনরগা; ওহাক ওহাক পোত্থানরে। যুধিষ্ঠীর অজ্জর্জুন নোকুল সোহোদেব মরিদি, দ্রোপদা বিছ্যা তম্বা চংনখি; ভীমদি চফু অদুদা,য়েংহুন। লৈথরে। থর লৈরগা ভীম রাখল তৌরকই, ব্রাহ্মণশিংনা মন্দিরদা শ্রীমূর্ত্তি লাংলি, অদনা জিবিকা ওইরি। ঐথোইগীসু চফু অসিনা জিবিকা ওইরি। অদুনদি ব্রাহ্মণ শিংনা লাংলিবা শ্রীমূর্ত্তিমাদি শন্ধ্যা গৌরি আরাতি কংলি, ঐথোইগীসু চফু মাই অসি সন্ধ্যা গৌরি আরাতি কংলগে। ভীম বাজারদগী লাইপোং সুনা লৈকরে, পুং ঝান লোইনা লাংণ্ড লৈ তুলসী পত্র হৈরুক পানা ঘিগী বর্ত্তি সুনা সেমজরে, সন্ধ্যা ওইরবদা ভীম স্নান তৌরে। লৈরং রাই তৈজেথোকনা হৈরুক পানা থারে, লৈ পত্র কংশিল্লে বর্ত্তি চম্মগা, মনাও অহুমদা হায়রকই। অজ্জর্জুন নংনা ঝান পায়হুনা আরতি শকউ, নোকুল নংনা পুং খেয় সোহদেব নংনা কাংশি য়েম্মু। চফু মসি কৃষ্ণগী শক্তিন, সন্ধ্যা আরতি কংসি। ভীমগী রা তারবদা মনাওশিং পুং ঝান কাংশি পায়নরে, অজ্জর্জুন্না হায়রকই দাদা য়াইমা আবাতিদী ব্রজবাজদা কংকদরা, হরত সকলনা কংকদরা হংজৈ। ভীমনা হায় অজ্জর্জুন চফুগী আরাতি শকউ, দাদায়াইমা চফুগী আরাতিবু শৈবরা, ঐথোয়দি ফংজ্রদে ভীমনা লৈনি নথোই খুম্মু ইরাম্বা; বর্ত্তি হায়না হায়না শক্রক্তে।

ভীম বর্ত্তি হায়বগা আরাতি শক্রকই, আরাত করু মুয়ি শ্রীকামহুহা কুন্তু; শঙ্খবাজে ঘনটাবাজে বজে করতাল, অমৃত সমান অন্ন তব কৃপা পাই, সদাই খাইয়া অমি উদব ভোরিল দিনহিন বৃকোদর তব পদে আসা,। আরাত্তি করু মুয়ি শ্রীকামহুহা কুন্তু ॥ মনাওশিংনা খুম্মী আরাতি লোইরে, শঙ্খজল থিক্রে বাপভুগ কাইথোকতুনা য়েন্নে, ঈমা চাক থোংবা য়ারগনি লেংশিনবীরো। কুন্তী মুমিদাংগী লুক হোহুনা কৃষ্ণদা কংলে, চাকনিবগী দান তৌবে মমা মচা তরুক চাবা থকপা লোইরগা শর্য্যাদা পোত্থানরে। মতৌ অসুম্না ভীমদি খুংলাই তথা তোক্রে, চফুদা শংহুনা লৈথরে, মাসি গোকুলনাথ কৃষ্ণনাউই। ভীম অসি চফু লেরীমথৈ বিত্তা তমদনা চফু শংবা তারে, মাংলে ভীম অসিগী হাক্কা পৃথীবীগী অরুম্বা লোথোক্লবা। ঐনা লিলা শাম্নগদোরি। মানা বিদ্যা তমহোজ্রবদি ঐগী লিলা কাইরগনি. অদুনা চফু লোথোক্লগে থন্দুনা ভীমগী ইন্দ্রিগী খুজ্জি থৈরকলে। খুদক অদুদা ভীম পুক্রিংদা রাথল অমা থল্লকই, ঐনা নিত্তিগী সন্ধ্যা গৌরি আর্ত্তি কংলিবা চফু অসি, চাক থোংবগী তেঙ্গালনা মুরিবসি শেংনা কেংদোক্লগা কংলগে, মরাম্না তুমনরিত্তৈদা ভীম চফুহু পুরগা গঙ্গা তান্না লাক্কনা,

লৈতোইনবী তকতুনা য়েংল্লোকই; অমুক পক্সাদা চাঙ্খোকই চকুগী মরেক্কা মুক্তক মুত্তক লৈবগ্র লৈতোইনা তকপদা ! য়োবা য়াত্রে। ভীমনা য়েংল্লকপদা মচেক মাইতক তোবা ঙংক্ষমতারম্মী য়াহ্ পাইঁরগ হুং মচেত্তুনা নগ নগহুনা ইম্বুংদা চকুহ্ মরাইদা তাখাই তানা কাইরে।

ভীম্র অতু চকু কাইবদা হা কৃষ্ণ ঐগী থরাই কাইরে, হায়রগা রাহল্লে, চেতন লাকপদা অমুক রাথন তৌই, মমা মরাম্বা কিনা চংপা ভীম অহু চকুহ্ পুরগা ময়ুমদা, হল্লকুনা লৈরং মথক্কা চকুহ্ চপচানা শেমজিল্লগা। কৈদা থিন্দুনা থনম্মে। হুরেল অতৈদা তারনবা য়ানবা হায়হনা; গদা অমা পাগ্নরগা বন লোমদা হৈ থিবা চংল্লে। মচাম হৌগৎনরকপদা ভীম লৈরমল্লে, হুংথিন অহুমদি মরিমকসু খুংলাই তথা চংত্রে কুন্তীনা সন্ধ্যা আরতিগী মপোৎ শেমহনা থম্মী। ভীম সন্ধ্যা মত্তমদা হল্লিল্লকুনা ইরুজরগা ইনাওশা আতি কংলসি, হায়রগা চংথিহনা ভসাইগী অকাইবা চকুহ্ শোকউবদা তজ্বায় তারক্লে। ভীমনা হিংনা হায়রকই ইমাওশা ঐনা ওসি চথোকখ্রিতৈদা নথোয় চরারানবগী চাকথিবদা চকু থুগাইবিরম্মীবা করিগীনো ? ঐগী প্রাম্নি হায়ংনা লাংল্লিবনী, শিওও কমাননো য়ারোই হায়না লাওরক্লে। অহু তাবদা চকু কাইবগী রাবগা ভীমবু কিবগা ঐখোয়দি চকু শোকউদে হায়:না কপমবে। যুধিষ্টির চংওকুনা য়েংই চকুগী লক্ষন উবদা, তাব তারহনা হায়রকই। য়াইমা চকুদি নংনা থুগায়বনি। মাদুগী সাক্ষিদি চকুহ্ মচু হোংলে এখোয়না তুম্মিতৈদা; নংনা ফেংউরমাল্লে অহুদা কায়বগা নংনা শেমজিন্দুনা থমজিল্লম্মগা ননাওশিংদা তাই বা য়ারোই অহুবু রারুগনু কৃষ্ণগী ইবাদগী ওইবনি অমুক মানা লোশিন্নবগী নংবু চকু ফেংহল্লবিরবনি জগত অসি শ্রীহরি মানা শান্নবা লিলানি রারুরগনু। কৃষ্ণগী মায়ানি অসুম্না যুধিষ্টিরনা থামজিন্দুন অরাবা থাদোকনখরে, ভীম অহুসু মতুংদদি, খুংলাই কমা তন্না য়াওখি। অসিগুম্বা আদি পর্ব্বগী অর্জ্জুনগী উত্তম বিজয়, পাণ্ডব শ্রীকৃষ্ণ খংনবা রারী অসিবু শ্রদ্ধা ভক্তিদা তাজরবদি মীহ্ শিরবদা যমগী যাতনা কোকুনা হরিধাম ফংঙি। মাসিবু ব্যাস দেবনা শেংলম্বা শোয়দ্রবা রানি, আদি পর্ব্বগী কথাবু পৌরানিক পারমদকি য়াথং নতুংইম্না পাংদ্রবা শ্রী০মধু সিংহনা মতাং অসি ইমালোন্দা ইজরি ইতি। অরানবা কয়াবু পাঠকাশংনা ভাকপিগনি নিংঙৈ ॥ মতাং অসিদা শ্রী৺এলাংবম মধুসিংহ পাণ্ডিতকা শরুক শোইরে। হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

---

## অধ্যায় :—

## দ্রোনবু গুন্তীরনা য়োংপা অমসুং খুৎলাই পরিক্ষাগী ৱারী মতাং ॥

অধ্যায় অসিদগী শ্রীকোনসম সেনুং সিংহ জ্যোতিষ ভূষণ পণ্ডিতকী ইবিরকপা ৱারী শৈরেং শরুক হৌজরে। সৌতিনা হায়রে সৌনক চিংবা মুনিসভা, মহাভারত লিরিবা শ্রীবৈশম্পায়ন মুনিনা হায়, তারো পরিক্ষিতকি মচা ইবুঙো জন্মেজয় নিংথৌ। নোংমগী মমিত্তা দ্রোনাচার্য্যা কৌরব পাণ্ডব চাম মঙা পুত্থনা গঙ্গা স্নান লাকই শিষ্য ময়াম্না লৈরায় মথক্তা লৈ, গুরুদ্রোনা গঙ্গাদা কুমথহনা স্নান তৌই। মতম অদদা চাগ্নরবা গুন্তীর অমনা দ্রোনগী জঙ্ঘ ফৈবোম ফাওবা উমলগা ইয়াইরোমদা পুথত্নে। দ্রোনা লাওরকই ইচাশা ইপাবু গুন্তীরনা উমলে; ইপাগী প্রান কললু হায়রকই, ইয়াইদা পুখিহনা লাকখিবনা লুপফেৎ লুপফেৎ তৌরক্লে। ময়াম অত যাংলে ২ হায়না লাওনবক্লে; খুদক অদুদা অর্জ্জুনা তেন মঙা কাপ্পুনা গুন্তীরবু; মতুপ মতুপ ককথৎতুনা দ্রোনগী প্রান কল্লি। দ্রোন গুরু ইশিংদগী কাখৎলক্রগা, অর্জ্জুনবু চেংনা কোল্লগা লাইবক্তা হন্না ২ চুপ্পী। দ্রোন পেনখুহনা পরশুরাম গুরুনা দান ওইনা পীরকলবা লিরুং, ককপা য়াম্বা বিজয় ধনু অক্ষয় তুল অমাং অতা লৈত্রবা তেন্দোঙ্গা কোম্লনা অর্জ্জুনদা পীরে। মীনা ফাওনত্রবা ব্যাপক মন্ত্র বিদ্যা তম্বীরগা বর পী। হে পার্থ ইচাদি লাইশু মীশু লোইনা জয় তৌবা ঙম্মু; সর্গ, মর্ত্য পতাল ফাওনা নমিং চৎপা ঙইরসনু। অর্জ্জুনা গুরুগী কৃপা ফংবা মগুন উবদা। দুর্য্যধন মথরাই খংঙাইতবগা লোয়ননা অর্জ্জুনবু কিখি। গঙ্গা স্নান লাইরগনা গুরু শিষ্য হল্লিরখি; দ্রোনা বিদ্যা তম্বীরকপদগী যুধিষ্ঠির রথ তোংবদা ফজভম চেকশিনবা, লিখা লিচিংফওবা হেল্লি। শগোলদা টাদা হৈবনা নোকুলনা খ্বাঙদগী হেল্লি, থাংদা হৈবনা সোহোদেবনা হেল্লি, গদা যুদ্ধদা ভীম, দুর্য্যধন অনিনা হেল্লি, মল্লযুদ্ধদ ভীমনা খ্বাইদগী হেল্লি, ধনুর্বিদ্যা, মন্ত্র বিদ্যানচিংলা বিদ্যা পুম্নমক শুনা হৈবা। য়েংওই খোং থুং চপ মান্নবা শিংবা হৈবা, অর্জ্জুনা খ্বাইদগী ওসম পুম্নমক্তা পুমহেন হেল্লি। আর্জ্জুনবু য়েংওই খোং থুং মান্নবা শিংই হায়হনা দ্রোনা সব্যসাচ হায়বা মিংথোল পী।

দ্রোন গুরুনা তম্বীরকপা চামা মঙা অসি মতিক চানা চানা হৈবা লোইরে পরিক্ষা তৌরগে খল্লহনা, কৌরব পাণ্ডব শিষ্য পুম্নমক্তা রাজা দরবারদা থুগুরে। গুরু লেংশিল্লকলবদা আসন থারগা ছন্দেছ কয়ামরুম কৎলগা দ্রোনবু ধৃতরাষ্ট্রনা ভক্তি তৌই। দ্রোনবু সভাদা কন্মিবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পাত্র মন্ত্রি পুম্নমক্তা খুরুম্মী, দ্রোনা সভাবু আসিষ্য তৌই। ছন্দেছ লৌরে অগ্রগী তুংদা ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়বকই মহারাজা তারো দ্রোন ঐ না হায়গে। নচা চামা মঙা ঐনা বিদ্যা তম্বীবা লোয়রে মতিক চানম্ন হৈজরে; হোংজিক্কি বিদ্যা পরিক্ষা তৌরসি হন্দকী বিদ্যা

পরিক্ষাখি। ভারতকী অপুনবা ওইনা তৌসি পরিক্ষা তৌবদা ; লৈবাক মীয়াম তিন্দুনা কুমৈ য়েংবদা হুৎতোইনা য়েনবা ? রঙ্গস্থ্য নিংথিনা শেম্মু লৈবাক পাওজেল পিয়ু। দ্রোনগী য়াথং ভাবদা অন্ধরাজনা বড় মন্ত্রি বিদুরদা শিন্নরে মুখিং অদুদগী হৌদুনা রঙ্গভূমী শেমশাবা হৌখরে। রঙ্গস্থল শেম্বদু লোয়রদুনা বিদুর মন্ত্রীনা নিংথৌদা হঙ্গংলি। অন্ধরাজ পণ্ডিতশিংগা তাননদুনা পরিক্ষা মুখিং লেপলে। পত্রগী পাওজেল্দা দেশ খুদিংগী নিংথৌমচা। ধনু বিদ্যা তম্বশিং খুংলাই পরিক্ষা য়াওবা য়াগনি ? অসুম্না পত্র থারে। ধৃতরাষ্ট্রনা মচা চাম মঙাবু খংহন্নিংবদগী ; ভারতকী পরিক্ষা অচৌবা ওইনা লাংখি। নিংথৌ মচা কয়া পরিক্ষা য়াওগদবগী হস্তিনাদা লাক্করে, ভারতকী নিংথৌ কয়াম্মু য়েংনিংদুনা লাক্লে।

পরিক্ষা মুখিং অদু তম্বা চাবা থকপা লোয়রদুনা, পুং ৮ তাবদা রঙ্গস্থলদা অন্ধরাজ পাত্র মন্ত্রীগা লোয়রননা ফমলে। ভীষ্ম দ্রোন কৃপাচার্য্য, বাহ্লিক, সোমদত্ত, বিদুর ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বাল বৃদ্ধ যুবা নারী, সর্ব্ব রাজধানী লোইনা তিন্নে পরিক্ষা য়াওগদবা নিংথৌমচা পুন্নমক লোইনা দ্রোনগী মাংদা ভক্তি তৌদুনা লৈনৈ। দ্রোনাচার্য্যনা হৌগৎদুনা ইচাশিং পরিক্ষা হৌহল্লগে, হায়না হায়রকই, রাজ অজ্ঞা হৌহনবিরো হায়না লাওথোক্লক্লে, দ্রোন্না অহানবদা যুধিষ্ঠীরবু য়াথংপিরে ধর্ম্মনশোন হৌগৎলকই। যুধিষ্ঠীর শগোল তোংবা শামু তোংবগী লাম্লোং উৎলি রথ তোংবগী লাম্লোং থাপ্পী, টাগী গদাগী লাম্লোং, লিকং লিরি চিংবা তেন কাপ্পা ধনু বিদ্যা পুন্নমক উৎলি। যুধিষ্ঠীরনা বিদ্যাগী গুণ চেকশিন্না ফজরিবদু উবদা মীয়াম পুন্নমকনা থাগৎনৈ কুন্তা বৈষ্ণবী মচাগী মগুণ উবগা পুত্রাইজে, যুধিষ্ঠীরগী পরিক্ষা লোইরদুনা হল্লিল্লে, গুরুনা ভীম দুর্য্যাধন অনি থোকহন্না মল্লবেশ শেৎদুনা গদা অমমম লেংবাম্দা থোংলগা থোকলকপদু মীয়াম্না মীকম হোংলদনা য়েংনৈ। চরাম্নবা নোংশাগী মতৌগুম, বসন্তগী মতমদা হস্তিনীগী মরমদগী শামু লমশা অনি য়াথিরবগুম ভীম। দুর্য্যাধন অনি গদাবাগ হায়নখ্রে। গদা অনি থেংনবদা মৈফ্র ফ্রং হৌই, কুণ্ডলীবাগ, বায়ুবাগ, ঘুর্ণবাগ চক্রবান মণ্ডলিবাগ, মথং মথং লৌনরক্লা প্রলয়গী মতৌগুম্না থেংনখরে।

মীয়াম পুন্নমক মিপাইনরে মাংলে মাংলে শিনবা তারে, অনিগী গদা যুদ্ধদা রঙ্গভূমী নিক্লে পৃথীদা অনি অসিগুম্বা লৈরম্মরোই থামক্লিনবিরে। ২ হায়নরকপবা পুমনিননিগ্নরক্লে। গদাযুদ্ধগী ধনি মীয়ামনা লাওনরকইবদু তাবদা ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরদা হংলকই অহানবা থোকপা কনানো ? হন্দকী অসিনা কনানো, বিদুরনা হায়জৈ দাদা মহারাজা অহানবগীনা নচা ইবুংঙো যুধিষ্ঠীরনি হন্দক থোকইবা অসিনা ইচা ভীম দুর্য্যাধননী। অনিগী গদা যুদ্ধদা মীয়াম পুন্নমক ভক্লরে। অন্ধরাজনা হংলকই। মন্ত্রী ভীম দুর্য্যাধন অনিদু কনানা হেনগদৌরি বিদুরনা হায়জৈ দাদা মহারাজ হৌজিক্তি হেনজি।

কুইশিল্লগা ভীম্না থর লৈগদবোইনা, অর্থাৎ নশন পুক্লিংদা হুৎতাইবগা অরাবগা য়াখি। ভীমদুর্য্যাধন। মুংশিনদবগা লোইননা লোইশিনমনগে হায়বগী মওংগুম, থেংনরিবা গদা যুদ্ধদু উবদা

দ্রোন গুরুনা মচা অশ্বথামাবু থামদোকউ হায়না থাজিল্লকই। গুরু নন্দোন গদা অমা পাইরগা চংখি, অশ্বথামানা অনিমকী ময়াইদা চোংশিনখিহনা। অনিমকী গদাবু থক থক য়েথোকলগা ভাইথো তোক্লো হায়গুনা, ময়াইদা লেপলগা থামখি। ভীম দুর্য্যধন হাপ্পিনখিহনা দ্রোনগী মাংদা। ভক্তি কংলগা মাগী মাগী ফমক্লমদা ফমখি। অদুগী তুংদা নিংথৌমচা পুন্নমক, থাজি ভাগী গদাগী লালগী যুরা যুরা শিঞ্জিন্দুনা। লাম্বা থেংনহন্দুনা পরিক্ষা তৌই, মীয়াম পুন্নমক য়েংনবদা অঙকপা ফংনৈ।

লিরুং তেন্দোং লৌনহুনা ধনুর্ব্বিদ্যা উংলি, কনানা লক্ষভেদি, কনানা জলভেদী, কনানা পাতালভেদী, অকাশভেদী; অগ্নি অস্ত্র, বরুন অস্ত্র, বাউ অস্ত্র, পর্ব্বত অস্ত্র। বজ্রবান কিন্নুরবান, শিববান, দেবী বান গন্ধর্ব্ববান, চক্রবান, ধারা বান ঘুর্ন বান খরশাম. মানা মানা তমনরকপা। বিদ্যা পুথোক্লহনা পরিক্ষা তৌই। মীয়ামনা থাগৎনরকপগী থোল্লাওবনা রঙ্গ ভুমী অদু পুমনিন নিনখ্রে। ময়াম পুন্নমক গুরু অজ্ঞাদগী, অশ্বথামা থোক্লকুনা থামজিনখি, ছাত্র ময়াম দ্রোনবু ভক্তি কংলগা পোথানখি, গুরুনা অমুক অর্জ্জুন থোক্লো হায়না য়াথং পিরে। অদুগা অশ্বথামাগা অর্জ্জুনগা ময়ামগী কুইম্ব ভহাক নুংঙাইহন্নগে নিংনা হায়রকই। অশ্বথামা অর্জুন নবানি লৈবাক কুইম্ব ওইনবা ভহাক্লুং; লাম্বা তোঙনা বিদ্যা ফোংদোকনৌ, হায়না য়াথং পিরে। গুরুগী অজ্ঞা মতুংইন্না রথ অমামম তোংলগা। রঙ্গভুমিদা থোরক্লে। নুংশিনবা মরুপ অনিহু থোক্লবকপদা; অশ্বথামানা হায়রকই ইতাও ভহাক্লুং কুইম্ব থোকহল্লমলগা নংনা এরেঙোন্দা কেন অমনা থাও। ঐনা মাইথিবগী মঙংদা হপ্পিনখিগে, অদুগা ইতাওনা উংনিংবা বিদ্যা কোন্না উংহৌ হায়নারগা। রঙ্গ ভুমিদা রথ অনি মায়োক্লনা থিন্নখ্রে। লিরুং পাইনরে ভুলিরি চল্লি লিরি থিঙিও সিংহনাদ তৌনৈ, মহানবগী তেন তরা তরা থথাক্লা ওক্লে; লৈথেক্লুনা থাদনৈ। অদুদগী কাপশিন্নরকপা তেনা, অতিয়াগী লথা ফুনথিহনা নুংশিং মাকোইদা থৈথরে, নুমিংকি মঙান শিংথখিরে। রঙ্গ স্থল পুংমম মমখ্রে অতিয়াদগী, তেনগা তেনগা ককথংভুনা থাদনৈ।

অগ্নিবান, বরুন, বান, পর্ব্বত, বজ্রবান, ব্যাঘ্র, সিংহ, কিরাট, কিন্নুব, ধারাবান, শিববান, দুর্গাবান, চক্রবান, বিষ্ণুবান কাপনৈ, খুমুক চানা চানা ঙাক্লে। মরক মরক হুঙ্কার ধনি তৌনরকপদা মীয়াম নিক্লবনী; সাধু সাধু হায়না থাগৎতুনা লাওনরক্লই, বাল বৃদ্ধ যুবা নারী করি ওইরগবা, হায়না কিনরক্লে। অতিয়াদা কুইম্ব য়েংলিবা লাইনা লৈনা নোং চুবগুম, অশ্বথামা অর্জুনগী থক্কা চাইথরক্লে। ধনি অসি তাবদা বিদুরগী মুকমদা অন্ধরাজনা হঙকই, বিদুরনা তাকই ধৃতরাষ্ট্রনা অর্জুন মচাগী মগুণ তাবদা, ইনাওরাইমা পাণ্ডুগী মহুৎ লৈহৌরে খল্লী। কুরু বংশ অসি য়েক্লবনা কিনরগনি, অমুরা অন্ধরারম্ব মুঙাইথি, অর্জুন অশ্বথামা প্রলয়গী মতৌগুম্না কাপনরম্বদপা। অর্জ্জুননা থেদিক শোর কাপতুনা গুরু মচাগী তেন লোইনা ককথরগা, থমোইদা তেন তরানা শাফুদি কনহন্দনা থাহনখি। রাজশিল্লরগা শরাজয় কংবগী মঙংদা গুরুমচা হপ্পিনখি, বিদ্যা লৈবা ভীষ্ম, দ্রোন, কৃপনা নুংশিনবগী মতৌমি হায়না থংনৈ।

মীয়াম্না গুরু মচাবু অর্জুনা শাকচঙ্খ্রে হায়না থাগৎনরকই; অদুগী তুংদা অর্জুনা সারথী পোথাং-তল্লগা, মখোং ওইনা চুপ্তি চপ্পগী য়েংনা শাজে- চন্দুনা, সারথী ওইরগা অতিয়াদা বাউ মন্ত্রগী গুণনা ফুকত্তুনা চক্রগী মতৌগুম্না লৈরকই। করিগুম্বদা অতিয়াদা, করিগুম্বদা পৃথীদা, নোংথাংকুপ্পগী মতৌগুম্না থৌই। ত্তেম অমনা কাপ্পগা পুড়খাই মরুম মুষল মুদগরদনা, মোং চুথবগুম্না অহাংবা মকমদা তাইরি। লক্ষ ভেদী, আকাশ ভেদী, জলভেদী, পাতাল ভেদী, শব্দভেদী, বিদ্যা পুম্নমক কোংদোক্না উংলি, অমুগা হজিন্দুনা গুরুবু খুরুমজথী। মীয়াম পুমনমকনা অর্জুনবু কনানা ইন্দ্রগুম্মী, কনানা চন্দ্রবংসগী কিয়ানরী, কনানা কত্তিককুম্মী, কনানা যমগুম্মী, কনানা পিতা পাণ্ডুগুম্মী অম্নমনা মহৈ মহৈ থাগৎনরকই। অর্জুনগী মগুণ উবদা দুর্যাধন কিবগা লোইননা মুণ্ডাইখিদ্রে, মতম পন্দুদা গুসাইমখৈ পম্বালদা অর্জুনগী বিদা য়েংলম্বদগী কর্ণ সভা ময়াইদা শুক্লে। কর্ণনা মীয়াম তানবা লাওনা হায়বকই, রঙ্গ স্থলদা তিনবীরিবা রাজ সভা তাবীয়ু, ময়ামনা থাগৎনরীবা অর্জুনগী বিদ্যা অসি; থাগৎনরিবা অসি, অর্জুনদগী হেন্না বিদ্যা পুথোকচগে য়েংবীয়ু, কর্ণনা লাওরকপা রাহার অসি তাবদা মীয়াম পুমনমক গুক্কুনা, কর্ণবু চিংনা য়েংহুনা ফুমিন্না লৈনৈ। কর্ণগী মতিক মগুণ তেজবির্য্য অক্ষয় কপচ কিরিটি কুণ্ডল লোইনবা, বীর পুরুষ অদুবু উবদা, দুর্যাধন নিপা অসিবু ঐগী মিচং ওইনা লৌশিন-হৌরবদি অর্জুনবু কিবগী অরাবসি কোকনি। অসি খন্দুনা মরূপ ওইদুনা ফাজিনহৌরগে মিংবদগী, দুর্যাধন হৌগৎলগা কর্ণগী মনাক্তা চেনশিল্লকই।

দুর্যাধন্না কর্ণবু পাম্বোম অনিনা চেংনা কোল্লগা হায়রকই; মহাশয় নঙ্গা রাকা মরূপ শান্নসি, নহাকপু হে- সখা মতিকচানা ঐনা শেমগনি। কর্ণবু দুর্যাধন্না পুশিনখিণনা, আসন্দা ফমহল্লগা ছন্দেছ কয়া লানশিন্দুনা, পেনহল্লগা হায়রকই। হে-সখা কদি অপাম্বা লৈবগে ঐঙোন্দা হায়বিয়ু। কর্ণনা হায়রকই মচাইবুডেডা অর্জুনগা ঐগা লাম্ব তৌনহুনা মীয়ামনা কুইম্ম য়েংনবা লাম্থেংনজগ, অমুক্তা শিনাবয়ু। দুর্যাধন্না হায়রকই। সখা অজর্জুনগা লাম্বা থেংনৌ নিংহনবিগন্নু; নহাকিদমক ইচিন ইনাও ১০ লেপকনি। দুর্যাধনগী রা তাবদা কর্ণ লিরুং পায়হুনা হৌগৎলকই; মতম অদুদা অজর্জুন কর্ণদা ঙংহুনা হায়রকই। কেনা কুত অনাপ্রেয়া নংবুদি নিমন্ত্রণনা কৌবম নত্তবা মপু অমগা য়াথংহু লৈতবা নংনা। এপা লাম্বা তৌগে হায়রবদি কর্ণ নঙ্গি নাতক কদি লৈহুনা হায়রনো? কর্ণনা হায় অর্জুন (বাগ চাটুরি) রাওং হৈবগী নাপল অদুনদি কান্দ্রোই, লাম্থেংনরগা থঙ্গনি গুরু দ্রোনগী মাংদা নঙক কক্কুনা থাদগে। কর্ণগী রা তাবদা দ্রোন মৈহৌবগুম শাওহুনা। অজর্জুন লোইনৌ হায়না য়াথং পিরে।

গুরু অজ্ঞা ফংবদা অর্জুন লিরুং পাইহনা রঙ্গ ভুমীদা। কর্ণ হাংকে য়াশকুনা লেপথরে, কর্ণগ অর্জুন হাংকে য়াশকহুনা। বীরপুরুষ অনি মায়োকনরে। কর্ণগী তুংদা দুর্যাধন মচিন মনাও ১০০ লেপথরে, অজর্জুনগী তুংদা ময়াম মনাও ৪ ভীষ্ম দ্রোন কৃপ অশ্বথামা বাহ্লিক সোমদত্ত লেপথরে। চামবু মুংশিবনা কর্ণগী পক্ষদা লেপলে, মতাবু মুংশিবনা অজর্জুনগী পক্ষদা লেপলে,

ছুপ্‌ি অতাং অহল ব্রাহ্মণ কাওবা মাকপাক তানহুনা লেপলে । মীয়ামগী মিল থোংলকপা থোক্লেম্না সমক্রনা ইথক হৌবা গুম্লে প্রেলরগী মতৌগুম ওইরক্লে । মতম অহুদা কুন্তী বৈষ্ণবী মচা অদি লাম্লেংনেম্লবদি মাংবা তারে থলদুবদা জ্ঞান মাংখিহুনা পাথংলবী কুন্তী। লৈমায় থক্ত হায়থপ্রে। বিদুর চেনসিল্লকতুনা ইলিং চাইহুনা লাকনরে, কুন্তীনা হায়রকই প্রানদেরর অনি অসি লাপ্না তৌহনগন্নু, ইতৈমগী থমোই পুবা ওমদে থাম্মু। কুন্তীগী য়া তাবদা মনুংদা অর্থ অমা লৈথরা থন্দুনা থামজগে হায়রম্মগা অন্ধরাজদা হঙ্গংলে। দাদা মহারাজ ওসি থামহোদহুনা লাম্লেংনেখ্রবদি হস্তিনা তুম্নবা তারে, ভাবক কাওবা নাকপাক তানখরে । মন্ত্রীগী য়া তাবদা অন্ধরাজনা হায়রকই, বিদুর আচার্য্য গুরুদা হায়য়ু কর্ণ হায়বা নিপাদু করম্বা শাগে মচানো ? যাত্তিগী নির্ণয় খণ্ডদনা ইচা অর্জ্জুনগা লান পাহনগদ্র হায়না । কৃপচার্য্যদা হায়রু, রাজা অজ্ঞা ফংলবদা মন্ত্রী চঙখিহুনা নিংথৌগী য়াথংবু অচাষ্য গুরুদা হঙ্গংখরে । কৃপচার্য্যনা ময়াইদা চঙখীহুনা; কর্ণগী মফমদা হায়রকই, কর্ণ নংবু করম্বা বংশদা পোকপনো জাত্তিগী নির্ণয় তাকউ ? নিংথৌগী য়াথংনি ।

কর্ণ কৃপাচার্য্যাগী য়াফম অসি তাবদা, সারথী কমতমগী মাইগৈদা য়েংলক্লগা । য়াত্তাংদনা মরুলুক্কুনা। থোংবিনা লৈপাক্না তক্কুনা লৈথি । কৃপাচার্য্যনা লৈক্কন খণ্ডহুনা শাওনা হায়রকই। হায় হায় কর্ণ জাতি হস্থবা মচা নংনা চন্দ্রবংশগী অর্জ্জুনগা লান্না লেম্নবা য়াই য়াদে থংত্রা ? রাজনিতী থোগল্লোন থংদবা মুর্খ নত্তক লাক্কুনা ইললূরা; হন্দোকউ নং রাজ দণ্ড কংনিংত্রা ? মীয়ামস্থ হনজীল্লু, হায়না কৃপনা লাওরকই । রাজ দণ্ডী কিনহুনা লোয়না হন্দোক্রখী । মতম অহুদা দুর্য্যাধনা হায়রকই জাতি তোল্লবস্থ রাজপদবী লৈরবদি মীওইবদগী অথোইবনি । গুরুদেব নিংথৌ পদবী ওইরবদি মাহু ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি লাইমরুস্থ মর্য্যাদা তৌনরুমনি হায়না, নিতী শাস্ত্রনা হায়রি । মরম অসিনা বীর পুরুষ ওইববা কর্ণবু ওসিমথৈ নিংথৌ অভিষেক তৌরগনি ।

থুদক অদুমক্তা সনাগী আসন্দা ফমহল্লগা; মনাওশিংদা য়াথংপিহুনা পোংলম পুম্নমক লাংহুনা বেদগ্য ব্রাহ্মণগ্ন মন্ত্র অভিষেক তৌহল্লগা । দুর্য্যাধনা লৈপরেং পাইহুনা কর্ণগী তক্লা হুকলগা অঙ্গ দেশগী নিংথৌ হাপলে । শত্র থাল্লে কাংহাহ চামরগী থৌগল, মনাওশিংবু লেপহল্লি । কর্ণনা অঙ্গদেশকী নিংথৌ ওইরবদা কুন্তী মুক্তাহিবগী ইপাক্লা তাওখি । কর্ণনা হায়রকই কুরু নন্দোন মচাইবুঙেগু নহাকনা ঐবু শেম্নীরিবা অসিগী লমন্দী ? কদাইদা শিংউ কায়বগে তাকপিয়ু ? দুর্য্যাধনা হায়রকই । প্রানসথা ঐনা পামজবদি, পুনসিগী নহাকপু মরুপ ওইজবা নহাকনা ঐগী শহারক ওইবীহুনা পুনসি চুপ্পা লৈবিবা অসিনি । কর্ণ পেনথ্রহুনা হায়রকই, হে—সত্যা চন্দ্র সূর্য্যনা সাক্ষি ওইথ্রসনু, ঐগী পুনসি অসি নঙোন্দা কংথোক্রবনি । সথা নহাক্কী সংপক্ষ ওইহুনা লৈজরগে দুর্য্যধনা হায়রকই নহাকপু ঐনা চাবা থকপা তিম্নরবদা ? জগৎ কনাননো তিম্নরোইদবা । নঙ্গা য়াকা ওসি লৈবাক মমাংদ । উয়াদ পান শাইরগা চিননা কংনমা ইন্নহুনা ইবওানিমক চামিন্নগদবনি । দুর্য্যধন্না কর্ণদা পান মতপ অমা ইল্লে, মানা অমা লৌরে পানশায়রগা, কর্ণ দুর্য্যধন চেজেৎ কোম্নরগা

চিত্রাংগদনা ইরুদুনা চাৎখ্রবদে । মতম অমুদা অধিরথ মহুক মচা কর্ণনা অঙ্গদেশগী নিংথৌ ওইরে ভাবদা, বর্ম খুদুনা লাম্বা কংথঙুম মুখুডাইগী খুত্তুনা ট্রেন্দ্র পাইরুনা লেৎপনা সম্ম য়োৎকই, থক থক নিত্রুনা লাওরকই ইচানিংথৌ উনদগে, লৈ থাদোকই ঐ জন, অধিরথগী মা তাবদা মীয়াম সারথী হৌরবা লাকই চংহনথে। গাইদুনা ; মরাইদা থাজিদ্রবি । কর্ণ লিক্ত। উবদ। মাসুমগী হৌগৎলতুনা, গুরু কি য়েংলগা অষ্টাঙ্গ ভক্তিনা খুরুম্মী । অধিরথনা কর্ণবু চেংনা কোল্লগা ইচাপোক চষ্টগী ইপাদি মহৈ য়ারে হায়দুনা লাইবক্তা চুপখি ।

কর্ণবু অধিরথগী মচানি হায়বা মীয়ামনা খংনখি, তাঙ্গা অহং ভীম হৌগৎলতুনা। গদা অম্না পাইরগা ওংতুনা হায়রকই । ইকাইদব। সুতমচা নংনা ইনাও অর্জ্জুনগা লাম্বা তৌগনি হায়দুনা লেপ্পম্মীবা, রাজনীতি খংদবা সুতমচা অসিবু রাথল লৈতবা দাদ। দুর্যাধনা অঙ্গদেশগী নিংথৌ হাপ্পি । অসি অংল্লমনগী গুণ য়েংদবা, থকশি থাসি নাইদবগী মতৌনি ; মতিক চাদবা থবকনা । ভীমগী মা তাবদা দুর্যাধনগী থৌদৌ অহু পেন্নমদ্রবা, হায়বদি গুমনরমদ্রবা মীয়াম অক ভীষ্ম সাধু সাধু হায়না থাগৎতুনা লাওনরকই। দুর্যাধন অহু শাওবনা মমিত্তা ই কাহুম ভীমদা হায়রকই। বৃকোদোর মীওইববু পোক্রফমনা চংনত্রা ? দ্রোনিদগী গুরুদেব দ্রোন পোকই, শরদ্বান মুনিবু সরপত্র বনদগী পোকই, কর্ত্তিকপু মমা ভক্কী মচানি হায়রৈ । বিশ্বামিত্রবু ক্ষেত্রি কুলদগী ওইথিবনি, পাণ্ডব মণ্ডা নংথোইগী পোকপম্মু অগংনা খঙবমি, পোকফম্না চংনদে মগুণ লৈরবদী জগতনা বেগ্যহার তৌনমি। য়েংউ কর্ণ অসি অক্ষয় কবচ কিটি কুণ্ডলনা লতেংই, অজাগু লম্বত ওইরা মচাম্ন সুমিংকী তেজগুম্বা পুরুষ রত্ন ওইবা কর্ণনা অঙ্গদেশকী নিংথৌ ওইবদি মতিকপু চাদে, পৃথিবীগী মপু ওইবদা মতিকচাবা বীর পুরুষনি । ঐনা মতিক চাই হায়দুনা পিবনি । হৌজিক ইপানা নিংথৌনি । ইমানা পাটেশ্বরীনি, ঐনা তৌবা থবক্তা কনানা য়েংপা ওইথোকলোই । কর্ণসু ভীমগী অয়াকপা রাহু ভাবদা দেহেদু থক থক নিক্রুনা। মুমিংগু য়েংতুনা লৈখি ? যুধিষ্ঠিরনা কর্ণবু উবদা থক্টোয়দা অকিব অমা পোকখি ।

ধৃতরাষ্ট্রনা পরিক্ষা য়াওরবা নিংথৌমচা পুম্নমক মতিক চানা মনা পীখি, দ্রোন ওঝানা মাগী মাগী বিদ্যাগী মরুংইমা মতিক চানা চানা পরিক্ষা পত্র পিরে । মুমিং তারদুনা মীয়াম পুমনমক মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নথরে । কুন্তীসু কর্ণ মচানা অঙ্গদেশকী নিংথৌ ওইরবদা পুকনিংদা মুডডাইনা হক্তিনখি দুর্যাধন অর্জ্জুনবু কিরমহু কর্ণবু ফংজবদা অকিবা পুম্নমক শোয়না কোকখি ? কর্ণ অর্জ্জুন অনিমক অত্তুতায় য়েকনবগী রাথন থমোইদা লৈনখি । মীয়াম পুম্নমক্তা কৌরব পাণ্ডব অনিমকসি ; নাকপাক-তাক্তুনা য়েকনগদৌরী হায়বসি রাথল তৌনখি। পরিক্ষা লোইরে : অসিগুম্বা আদি পর্ব্বগী রাধা অসিবু শ্রীব্যাসদেবনা, লেংলমলবা বিদ্যা পরিক্ষাগী মতাং অসি তাক্সবদা, পুনাগী মশকনি। মাসিবু তোল্লবা শ্রীসেমুং সিংহনা মৈতৈলোন্দা ইরুবগী দোষ পুম্নমক বৈষ্ণব সমাজনা ভাকপীগনি নিংথৌ । ইতি হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

———

অন্ত্রশস্ত্র :—

## দ্রোন গুরুনা দক্ষিনা নিরকপা পঞ্চালদা কৌরব পাণ্ডব লান্দারকতুনা দ্রুপদ ফারগা দ্রোন দক্ষিনা কৎপগী ৱারী মতা ॥

নৈমিষরন্যদা ৱারী তাশিবা শৌনকনচিংবা ব্রাহ্মন লিশিং কুম্না, ৱারী লিরবা সৌতিদা হংজরকই হে—উগ্রশ্রবা সৌতি দ্রুপদ নিংথৌবু ফাদুনা দ্রোনদা গুরু দক্ষিনা কৎখিবা মতাং অদু হিবো। সৌতিনা হায়ৈ তাবিয়ু মুনি মহাত্মাশিং মহাভারত পুরানবু লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হাংজরকই তারো চন্দ্রবংশগী ফিরান ওইরবা হে জগেশ্বর নিংথৌ। বিদ্যা পরিক্ষা লোইরবা মতম থরগা মতুংদা নোংমা দ্রোনা কৌরব পাণ্ডব চামা মন্ডা কৌশিল্লগা হায়রকই। চামা মড়া তারো হেৎজক্তি নংথোয়দ্রু তম্বীবগী দক্ষিনা নিরগে, মমাংডদা নখোয়না হাশকখি; ঐনা হায়রকপবু সোয়দনা ছাঞ্জিন হায়না। মরম অসিনা ঐনা হায়বা ৱা অসি নখোইনা পাংথোকউ; পঞ্চাল নিংথৌ দ্রুপদবু ফানগা পুংনা পুরক্লগ ঐডোন্দা দক্ষিনা ওইনা পীয়ু। অসুম হায়না গুরুগী দাক্ষনা নিরক্লে, দ্রোনগী ৱা অদু তারবদা, যুধিষ্ঠীর দুর্য্যধনচিংবা চামা, মডানা, শোয়দনা কচ্চগে, হায়গুনা গুরুবু খুৎ মঙ্গলগী বিদায় লৌজরে অমগী তুংদা তেঙ্গোল শেম শাদুনা, শগোল, শাম, রথ, খুণ্ড খুংলাই লোয়নদুনা; যন্ত্র কয়া য়ৈবগা খোংবগা। জয় ধবনি লাওদুনা! যাত্রা তৌরকই। পঞ্চাল কৈবাক য়োৱক্লবদা পত্র থাজিনখি; দ্রুপদ চিঠি অংলদা মৈ থোক্লা শাওদুন পাত্র মন্ত্রী সেন পতীশিংদা লানগী পাও লাংথোকখ্রে। খুদক অদুদা পঞ্চালগী তেঙ্গোল শেমশাবা লোইরে পুল্লপ থুডরে। দ্রুপদ নিংথৌ মনাও নপা ধৃষ্ট কেতু, যজ্ঞসেন, সত্যধর্ম্ম সেনাপতী সত্যজিৎ, অমসুং শৃঞ্জয় রাজ। শিখণ্ডি উত্তমৌজ যুধ মন্যু মচানিপ অদুম লোয়নদুনা গোমুখ শঙ্খ ভেড়িনচিংবু পুংশেল য়েদুনা লান থোক্লকই; রঙ্গভূমিদা তেঙ্গোল অনি মাথোকনখ্রু। প্রলয়গী মতৌগুম য়াম্বরকপা লানদা শগোল, শাম রথ কয়ামরুম কডুনা থাদখ্রে।

দ্রুপদ নিংথৌ দুর্য্যধন মচিন মনাও চামগা কাপ্পরকপদা দ্রুপদগী খুংকাপনা হেঞ্জিল্লকতুনা চামগী খুংকাপ নংদুনা ককথংলগা! নোংশিল্লকপদা তেন্না চানগী লিরুং ককথংলি। মী অমগা ছেন ১০ তরা নমদুনা থাবদা? দুর্য্যাধন মনাওশিংনা কায়ডনা চেল্লে মচিন মনাও চামনা কাইদুনা চেনখ্রবদা ভীম মৈ তৌবগুম শাওদুনা গদা পায়রগা মুংশিংকী মাংথানা তেঙ্গোল ময়াইদা চেনশিনখি ভীমগী তুংদা যুধিষ্ঠীর নোকুল সোহদেব রথ থৌজিল্লি অদু উবদা অর্জ্জুনা হায়রকই য়াম্বুং লেংশিন খিখিনু হন্নোকুনা কুম্মৈ য়েংবিয়ু মনাও পাজগে। নকুল সোহদেব য়াম্বুংগী থোগল তৌদুনা। নবগানিনা য়াম্বুংবু রক্ষা তৌ; অসুম্না ময়াম্বা মনাও থাম্মগা থনমই। অর্জ্জুন লান চংই। ভীমনা তৌরকপা লালোং অন্তকগী মুর্ত্তান, যম কালগী মতৌগুম্না শামু মরক্তা চেনসিনখিদুনা গদানা

থাবদা চাঙর চাঙরবা শামু মকোক কাইদুনা হায়থ হায়থ তারকই শগোল শামু রথ দোপাই মশিং মাইদনা য়েংথাইরক্লে। ময়াম্বা ভীমগী লাপোং উবদা অর্জ্জুনা হায়রকই। দাদা য়াইমা ঐখোইগী অশুতাংমকশু নত্তে মীদি হাংপিরুগনু? নিংখো ফানবদা গোংনসি। মনাও অর্জ্জুনগী রা তাবদা ভীমনা হায়রকই; অর্জ্জুন ইয়াম্বাদ পোইসিল্লসির থল্লুরে। নংনা মী হাংকগনসি হায়রবনিনা ইয়াম্বা তেঙ্গোল তানথাইগে, নংনা নিংথৌ পারুবো। ভীম অর্জ্জুন, রারনসি হায়নরগা ভীমনা তেঙ্গোলপোমদা ফুংনথি, অর্জ্জুনা দ্রুপদগী মাংদা রথ থোজিনখ্রে। ভীম অদু চরামনরবা নোংশান। শজি শঙাই মরক্তা চেনশিনথিবগুম চঙডকইবা লাঙ্গং অদু উবদা তেঙ্গোন রা রা কাইদুনা চেন্নরে।

অসোমদা অর্জ্জুনগা দ্রুপদগা মায়োকনদুনা কাপনরকপা; তেন্না অতিয়াগী লখী ফুল্লি শুংশিং থৈখ্রে। শুমিংকা মঙাল লিংথখিদবনা লানফম অদু পুম্মম মমলে। ইন্দ্রজাল, ব্রহ্মজাল, শরজাল, প্রলহ, পনমু, শতপনবাল, ভয়ঙ্কর কামীনি, নহোনবান, ভুষণ্ডি, তোমোর, শেল, শুল, গুথা, জাঠি, অসিনচিংবা মশিং লাকওমদনা থানরকই। দ্রুপদনা কাপ্পা অর্জ্জুননা ককই, অর্জ্জুননা তেন্না দ্রুপদনা ককথনরকপা তেনতনা পৃথী কুপথরে; অতিয়াদা লাইয়াম্না কুপ্পি য়েংনখ্রে। শস্তুপা পানরকপা লানফমদা গুরু কৃপা লেবা। অর্জ্জুনা খুকাপ কুংবা হেক্তিল্লকুনা মেদিক শোবনা দ্রুপদগী খুকাপ পুম্নমক নমংনা ককথংলগা? লিরুং কক্কুনা থাদরে। দ্রুপদ অহনবা লিরুং অমা লৌরিভৈদা সারথী শগোল রথ কক্কুনা থাদবে; দ্রুপদ পৃথীদা চোংথরকপদা! অর্জ্জুনা ভিত্তিবান্না হুদিদা থাবদা খর থিংদুনা তাখ্রে। অর্জ্জুন রথদগী চোংথরকুনা দ্রুপদবু ফারগা পোলাইদা হাপদুনা জয়ধবনি লাওরকই। তেঙ্গোল কাইদুনা চেনখ্রে। দ্রুপদ জ্ঞান লাকপদা অর্জ্জুনা হাইজে রাবিগনু প্রান কনগনী হস্তিনাদদি য়ৌসি, অর্জ্জুন তেঙ্গোলগা লোয়ননা হস্তিনাদা হল্লকই। গুরু দ্রোনগী হোরং য়ৌরক্লবদা দুর্য্যোধনা অর্জ্জুন্দা হায়ংকই, অর্জ্জুন গুরুনা পুনদুনা পুরকউ হায়রগা? নংনা লেম্না পুশিনলবদি গুরুনা পেল্লরোই, পুল্লগা গুরুগী চরন্দা কংকদবনি। অর্জ্জুনা হায়বকই মাঙ্গুং জয় তৌরুবনি প্রেম কায়নদনা পুশিনবনা কৈ, এনা ইপাগুম্বনি থগত্তুনা লেম্না পুন্নরকপনি। দুর্য্যোধন্না হায় অর্জ্জুন মাদু গুরুনা পেএরোই হায়রগা রথ মথক্তগী দ্রুপদবু শয়েং পাম্নদুনা চি থবগা! মথোং মখুৎনমদুনা পুল্লে। দুর্য্যোধন মনাওশিঙ্গা দ্রুপদবু চিংদুনা পুশিনখ্রগা গুরুগী চরন্দা হুক্তিন্দুনা কংলি, দুর্য্যোধন্না দুংশিথংদবগী মতৌদু উবদা দ্রোন মুঙ্ঙাইরক্লে। দ্রুপদং পুল্লিবদু থাদোক্লগা দ্রোণা হায়রকই, পঞ্চাল নিংথৌ চোন ঐবু শক থঙত্রা। নং অসি ইপাদ লাইরিক তম্মীভৈদা মরুপ ওইথিবনি।

মরুপ ওইবগী প্রেম্না নংবু সাখা হায়না কৌরুবগীদমক সভা মদাংদা ঐবু নংনা থোগলোন খঙদবা চাকনিবা ব্রাহ্মণ মচা নং? নওক লাক্কুনা ইপলুরা হায়খিবা। অমুক্তা নিংশিংউ নংনা খঙত্রবনু, ঐদি নংবু মরুপ ওইবগী প্রেমনা নজি নথরাই কনগনি! কিরুগনু হে সখা। হৌজিক নজী পঞ্চাল লৈবাক অদু দ্রোন ঐগী ওইরে, অদুবু নঙুমনা কজদবদি দ্রোন ঐদি তৌরোই। পঞ্চাল লৈবাক্তু থা রাং, থাইবোক য়েন্নগা মথা থংবা শরুক নঙোন্দা পীরগে। মাদু নংনা রাজ্যকুপ চাদুন

পালিলু। অর্থাৎ থম্বা অহিছত্র নগর হায়না কংনরিবা শরক অহু ঐনী থারগে; মাহুক্ত সাসন্দি মংনা অহুম তৌজৌ চাইগী (কোড়) খাঙনাদি, ঐঙোন্দা কাররকউ। দ্রোণ ঐম্না হায়রিবা রাজ্য অসিদা মথী মংনা, কর্দি হায়নিংবা লৈরি হায়রু? পঞ্চাল নিংথৌ। দ্রোণগী রাজ্য অসিদা দ্রুপদনা হাররকই, হৌজিক্তি গুরু দ্রোণগী গুণ থংজরে। থবাই কনবিরে রাজ্যতুগদু; কাইদন পিনবিয়ে। তাকপীবা য়াথং অদু কাইদনা ভাকচরগে হায়রগা। নিংথৌ মথুংনা দলিল ইরগা সোহি তৌহনা দ্রোণদা দলিলদু কংলে। দ্রোণনা দ্রুপদবু স্নান ক্রিয়া লাংহল্লে, ফুংগেহ কয়া লাংহনা নৌতুন আভরণগা লোইননা রথ অমা পিয়ে; দ্রুপদ দ্রোনবু খুরুমজগা হনখি।

দ্রুপদনা থমোইদা য়েকখিবা দুর্য্যধনগা দ্রোণগা। থুংশিখিবনা মাবু জয় তৌবা অর্জ্জুন অসিনি চৎনা চৎনা রাখল তৌরকপদগী মুঙ্ডাইখিদবনা। রাশকুনা যাজ উপযাজ, কুলাচার্য্যগী আশ্রমদা লাকই। দ্রুপদনা কুলপুরোহিত মচিন মনাওগী চরন্দা খুরুমজদুনা হায়রে, গুরুদেব ইচানিপা অমগা লুপী অমগা ফংনবা যজ্ঞ অমত্তু কচ্চগে; গুরু অনিনা যজ্ঞ ফংশিয়ু। যাজনা হায়রকই। মহারাজা কর্রি মরমদগীনো হায়রু? দ্রুপদনা হায়রে। দ্রোণ হাৎনবা ইচানিপা অমা, পাণ্ডবকী অর্জ্জুনদা থাজনবা লুপী অমগা ফংনিঙ্ঙী। যাজনা হায় ব্রাহ্মণ হাৎনবগী যজ্ঞ তৌবা হৌনদে তৌগনু, দ্রুপদনা হায়রে গুরুদেব অর্জ্জুন গুরু দক্ষিণাগী ঐবু লানকমদা জয় তৌহনা ফারে। অদুবু মানা লম্মোয় কজবনা ইপাগুম্বনি থন্দুনা! বেব্যাহার তৌনা রথদা হাপতুনা পুই। হস্তিনা কৌরবদা ঐগী লানকমদা কাইহনা, চেথ্রবা দুর্য্যধন্দু ঐবু অর্জ্জুনগী রথদগী চিংথরগা পুন্দুনা শা যথ চিংবগুম চিংহনা পুরগা দ্রোনগী খোংদা হুপ্তিন্দুনা কৎলি। মরম অদুদগী থম্মোয় শোকখিহনা, দ্রোন হাৎনবা থারা অমা, অর্জ্জুনবু ইমাক ওইরগা ধর্ম্ম লৈত্রবা দুর্য্যধন মচন মনাও মুৎহননবগী, ইচা মিঙোল অমা পোক্রবা। যজ্ঞ তৌগে হায়না রাশকখে।

মরম অদি কেত্রি নিংথে ঐখোয়গীদি, রাশক ভাকপনা ধর্ম্মনি মরম অসিনা। কুলাচার্য্য অনি চহি অমা যজ্ঞ ফম্বীয়ু। দ্রুপদগী রাহে তারবদা উপযাজনা হাযরকই, দাদাবু নিংথৌনা রাশক ভাকপনা ধর্ম্মনি। ব্রাহ্মণা যজ্ঞ ফবা জাতিগী ধর্ম্মনি। মরম অসিনা জজমানগী যজ্ঞদি ফজদবা য়াত্রবনি, মনাওগী রা তারবদা যাজসু য়ারদুনা, দ্রুপদগী রথ তোংদুনা লাকমিন্নরে। দ্রুপদা গঙ্গাগী খোংবাদা লমজাওদা রথ থারে। বাশক থুংত্রিমথৈ কোম্মুং চংলরোই লেপখিহনা! চিঠি ইরগা থাক্লিনখি, দরবারদা চিঠী থুডঙবি দুতকী মগত্তুগী পত্র ফংবনা মুঙ্ডাইনথরদুনা মচা মনাও পাত্র মন্ত্রী ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব পুর-ক। যজ্ঞগী মপোং লাংহনা, শগোল শামু রথদা হাপলগা। গঙ্গাগী খোংবানদা পুথরক্লে। যজ্ঞ লৈরং শেমলে মাগুব চাঙনা থল্লে, ব্রাহ্মণ লিশিং কুন বার্ত্তণ তৌয়ে। শঙ্কলপ তৌহনা যজ্ঞ তৌরকপনা, চহি অমা ফাররুবদা যজ্ঞ লৈরং মহু দগী মৈগী শক্তিনা কিরটি কুণ্ডলা কবচ লোইনদুনা লিরুং তেনদোং লোয়নহবা? মৈগী তেজগুম ভাবরা নিপা অমা চোংথোরক্লে

মতম অহুদা লাইনা লাওথরকইক্রে, পঙ্গ নিংথৌ যজ্ঞদগী কাংইবা মচা অহুনা। লেম্না দ্রোনবু হাৎলগনি। মমিংনা ধৃষ্টদ্যুম্ন কৌ অমম্মা হায়রকই। অহুদগী হোৎ অমুক পিরকপদা। দেবী শক্তিন্না থরো অপাংবগী মচু মান্নবা; থম্বালগী মনম নমলবা মাওইবগী পুক্রিং হুনা কঙ্গরবা তুগী মচা অমা চোংথোরক্লে। ব্রহ্মানা অতিথাদগী লাওরকই পঞ্চাল নিংথৌ তারো? ইন্দ্রকী নচানুপী অমি বুদ্ধিদা বৃহস্পতি ওমগনি। সতী সাধবী পতি ব্রতা ওইগনি, নহাক্না ঙ্গোবলৈজরিবা পাণ্ডব মঙা অহু নমাক ওইনা কংলগনি। নচানুপী অসীগী হাকক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লিপা ওইহনা, পৃথীগী অরুবা ভারী কোকলরগনি। মহাকথক্তা নংনা থম্মোয়দা য়েকইবা কৌরব বংশহু তুম্না মাঙনী। কৌরব পাণ্ডব ওনসিন্নহুনা য়ান্নবদা ভারতকী লাম্বাও অমা থোক্লগনি।

মতম অহুদা পাণ্ডব নমাক মঙা অহু মরৈবাক কাইহুনা নওহরগনি; হৌজিক্কী নংবা লানগী মচাক খুমু খুৎলাই লাংহুনা থমজিলমু, অমুমনা আকাশবানী লাওরকখি। স্বর্গদগী লাইনা লৈ চাইথরকখী, হুন্দুভী বাজন তৌখি; অপসরাশিং জগোয় শানরে, গন্ধর্ব্বনা ইশৈ শকখি; আতিয়া পুমনিল নিলখি। দ্রুপদ নিংথৌ মুঙ্গাইবগী ইপাক্তা তাওরে, যজ্ঞ পূর্ণাহুতি পীখ্রে। ব্রাহ্মণ পুম্নমক দক্ষিনা মতিকচানা কংলি। যজ্ঞ লোয়রহনা ব্রাহ্মণময়াম মাগী মাগী আশ্রমদা হন্নখি। দ্রুপদ মচা অনি ফজহবদা প্রজা মীয়াম লোয়নহুনা কোন্নুংদা হজিল্লকলমই। দরবার কমহুনা পাত্র মন্ত্রীগা তান্নহুনা খুৎ-হৈবা মীত্রি কম্না থোমগৎতুনা অহিং পুংথিল পোথাবা নাইদনা লানগী খুৎগু খুৎলাই শাহনখি।

মতৌ অম্মা পঞ্চাল নিংথৌ মচা য়োকতুনা লৈরকপদা, রাথন তৌরকই এগী ইচা অসি দ্রোনদা বিদ্যা তমহল্লগা দ্রোনা হৈরিবা বিদ্যা লোয়না হৈহনগে। দ্রুপদ মচাবু বিদ্যা আরম্ভ তৌহুনা কুলাচার্য্যদা লাইরিক তমংল্লি। মতিকচানা হৈরবদা লাইরিক তম্বা তৌল্লগা। ধৃষ্টদ্যুম্না মচাবু দ্রোন গুরুদা পুরকহুনা শিন্নরগা। ধনুবিদ্যা পুম্নমক লোইনা তমজখি। অসিগুম্বা আদি, পর্ব্বগী রারী অসি তাজবদা পুনাগী মশকনি। শ্রীব্যাসদেবনা, লেংলমলবা মাসিবু তৌলবা শ্রীসেলুং সিংহনা মৈতৈলোন্দা ইজবগী দোষ পুম্নমক বৈষ্ণব সমাজনা ঙাকপীগনি নিংঙৈ। ইতি। হরিবোল হরিবোল হরিবোল ॥

## অধ্যায় :—

# যোগেশ্বর মহাদেবগীদমক গান্ধারী কুন্তী খৎনবা, অর্জ্জুননা ধনঞ্জয় কোবা মিংথোল ফংখিবগী ৱারী মতাং ॥

শৌনকাদিংবা মুনি সভাগী মফমদা, সুতনা মচা সোত্তিনা হায়রকৈ তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা। জন্মেজয় নিংথৌগী মফমদা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়, তাৱো মহারাজা বিজয়া হস্তিনাদা প্রসিদ্ধ ওইরবা যোগেশ্বর কোবা! সিব লিঙ্গ অমা লৈ। মহাদেব অসি মমাংচেদা চৎনরকপদা, মহারাণীদনা পুজা কৎলি, প্রজা মীকুপনা পূজা তৌবা য়াদে। কুন্তীনা মহাবাপা ওই রিঙৈদা পুজা তৌরম্মা, পাণ্ডুনা য়ুমাংদা নিংথৌ কখোকলমলগা শত শৃঙ্গদা লৈখিবদগী, গান্ধারীনা পুজা তৌহৌই। কুন্তীসু শত শৃঙ্গদগী হল্লকপদগী, শিবগী পুজা অতুম তৌজে, গান্ধারী কুন্তী অনিসি, অমুক্তা থেংনদে। সদা শিবনা মতাং চারে অর্জ্জুন অসি জগত ফাওনা মমিং চৎহল্লগে নিংহুনা; মতাং অসিরাই য়োৱরকপদা শিবগী ইছাদগী গান্ধারী কুন্তী মতম তিন্নহনখিহুনা! নোংমদি কুন্তীনা পূজা লোইরগা থোরকপদা, গান্ধারীনা পুজা কংকদবগী লাকপগা, শিবগী হোঙ্গদা থেংনরে। গান্ধারীনা হায় কুন্তী নংবু শিব পুজা তৌরুব্রা? কুন্তীনা মচেমবু থুকমজরগা পুজা কংচরুই হায়না থুকমজে। গান্ধারীনা হায়রকই। কুন্তী লুপ্পাবী নংনা পুজা কংলবদি; লৈবাক অসি অয়া অনা নঙেডাইপা! মমাংঙৈদগী চৎনরকপা মহারাণীতনা, সিবা পুজা তৌনরকই। নহানমথৈ ঐ থংগ্রিঙৈদা তৌরমলবসু, মতু অসিদদি নং পুজা তৌরগম্ব লৈপাক প্রজা অয়া অনা নঙনা। গান্ধারীনা কুন্তীবু হন্থনা থেংবা লাইরবী লুপ্পাবীনা হায়হুনা, উশিত্তবগী য়াহৈসি তাবদা। কুন্তীনা হায়রে ইচে ইবেম্মবুদি ঐনা হায়। মহারাণী ওইহুনা, পুজা তৌজরকপনি। শত শৃঙ্গদা লৈরুবদগী থাদোকচরবদনী, হস্তিনাদা হল্লকপদগীদা ডসি ফাওবা কাইদনা পুজা কৎচরি, থাদোকপা ওমজরোই। গান্ধারীনা হায় করি কুন্তী লুপ্পাবী নংনা বাণী ঐগী চিংহকা অয়ংননা থুগ্গদা, নচিন নরে ককপা ডগনী হায়বা থংদ্রা? তৌরুগে হায়রু থাদোকপীনি নত্তবদি নংসি য়ৈ নি থংগু, কুন্তীনা হায় অজ্ঞা ওক্তশংদবগী য়েধৌবা য়াগনি। ঐগী ইবুঙেডাগী মরবদদি ননাওগী থরাইনা লৈরিমথৈদি, থৌগন তু ইরবা ননাওগী ইখোনী। কুন্তীগী য়া তাবদা গান্ধারী মৈহৌবয়ুম শাওহুনা; কুন্তীগী থজাইদা খুংপাক্লা থারে, গায়থরবদা হোৎরবী কুন্তী ওনসিন্দুনা শেং শেং পাবরে। সতী অনীদু খামবীনবন্ন লৈতে হন্নবা লৈতনা য়ৈনখরে, মতৌ অহু কৈপাশদগী সদা শিবনা উই, সতী অনি অসিবু থামথীরুরগে হায়না, থনহন্না লেডঙকখি।

আবিরভূত লেডঙকুনা মন্দির মনুংদগী, থোং হাংদোক্লুনা তরং তরং মূর্ত্তিনা লেংথোরক্লগা। গন্ধারী কুন্তী অনিগী ময়াইদা লেপ্লরগা, অনিমক থাইদোকপীহুনা থামী। নিংকন্থনা হাইরকই নচিন অনাও মূর্নরিবা করিনীনো? অহন হৌনবরা গান্ধারী কুন্তী শিববু থুকমজরগা। থৎনবগী মরম

হঙংলি। মহাদেবনা হায় ঐদি অচৌ পিশক নাঙীদে ভিব পুন্নমকী মপুঙ্গি, মবঙানীমক পূজা কৎমিন্নৌ ঐনা নখোইগীস্তু লৈপাক্তিস্তু, য়াইফবা পিগনি। শিবগী য়াথংবু কুন্তীদি য়াজৈ, মথংদেন খাবী গান্ধারীনা হায়রকই, হে-প্রভু য়েনগ্রিদ্রৈদো ওইরমলবদি য়ারমগদবনী, হৌজিক্তি কুন্তীনা ভম্বা শকনে। মাহ ঐ য়াজনিংদে মানা তৌকম খোকই, ঐনা তৌকম খোকই হায়বা, অতাগী বিচার তৌবিয়ু। যোগেশ্বরনা হায়রকই অদু ওইরবদি, হয়েঙ্গি অয়ুক অঙনবদা সনাগী লৈহাও মণীনা লৈরাক ওইবা। মনম মুংশিরবা লৈনা অমা লৈখোক্তা লোইনবা, লৈহাও ১০০০ অমা কৎপা ভম্বী অহুনা, ঐবু অতাবী পূজা তৌরসনু হায়রমলগা। মহাদেব মাংখোকখ্রে। গান্ধারীনা হায় কুন্তী নংদি লুখ্রাবীনি নচাসু মঙাদনী ভিক্ষা হৈবীনীনা, সনাগী লৈহাও কৎপা ভমখ্রনী। ঐদি ইচাসু চায়নী ইপুরোইবনা ভুমাপতিনি, ঐনা পাটেশ্বরিনী ঐদি ভমদহুনা পূজা তোকপা তারেদো? হায়রমলগ চংখি। কুন্তী, গান্ধারীগী য়াহৈ অহুদা, খমোইদা তাশোন্না লেংবগুম মাখ্রহ্না, ময়ুম কাওবা য়াখন্দা ইন্নারুহুনা য়োরক্লে। অসোমদা গান্ধারী মচা ১০০ কৌশিন্দুনা, খংনবগী পাও ভমলগা সনাগী লৈহাও শানবা য়াথং পিরে। দুর্যোধন মনাওশিংদা থৌদাহুনা, হস্তিনাগীমুনারী পুন্নমক কৌথংলগা, ভাণ্ডারদগী সনা মনী রত্ন হোন্দোকলগা লৈ শাবা হৌনখরে। কুন্তীদী ময়ুম য়োরকপদা মচা মগাহ, বিদ্যা পাম্বা ভাজমি-া গুরুগী নাক্তা বিদ্যা তম্বা চংখিহনা লৈরমদে।

কুন্তী চাক খোংক্লে য়ামনখিহুনা য়াখল তৌরুন্দা উপাই লৈত্রহুনা, ইমুং লময়াইদা কপ্প্রুনা লৈয়ে। পাণ্ডব মঙানা হল্লকপদা, কুন্তী মমান্‌ কপলমবতু উবদা, ইমুংদা চংবা ভমজদহুনা মাদোন্দা মনাওশিংবু থামহুনা থনমলগা যুধিষ্ঠির ঈস্তুংদা চঙডকই। মমাগী খোং পারহুনা থুরুমলগা, কপ্পিবগী ময়ম তাকপীয়ু হজচকবদ, কুন্তীনা খুম্মক্তুরে। মমাবু কিনা চৎচবা যুধিষ্টীর অনিরক স্তুনা হংজবা ভমজহুনা, মনাশ অতোমবা নোকুল সহদেব অনি থাজিন্দুনা হংহনবদস্তু, মমানা তাকপিরকত্রে। ভীমনা ঐনা হঙচগা থুমকনি ঐ হঙ্গে গারমলগা..চঙখীদুনা মমা থুরুম্মগা হায়রকই। ঈমা নচা মঙান অঙা ওইরিডেদি ওইরিবৈনি, তৌজিক গুরু কৃপা লৈজরে, ঈমাগী অয়াবা কোরুনবা হোংনজগে ইনাও অর্জুন দিগবিজয় চৎপা ভমজরুরে, নচা ভীমগী পাস্তোম পাজল লৈরিডৈ ঈমাবু লাকচবিনব লৈরিবরা। কনানা লাকচংবা লৈবনা? নত্রগা ইন্দ্রগী ভোগ করম্বা লৈতনবো? কপপগী ময়ম তাকপিয়ু নচানা ঈমাগী অয়াবা কোরুবা হোংনজগনী। ভীমগী য়া তাবদা কুন্তীনা খল্লি ভীম অসিনা এগী অয়াবা কোকহনবা ভমলোই খল্লুরগা! বৈকুবী কপপতুম খোইনা হেনজিনখ্রে, মমাগী মত্তৌ উবদা ভীম মখা তাত্রে; চাকথুমদা য়েংই চাক খোংদ্রি। লামবনা লৈবা ভমজহুনা, লৈরিবা চেংদু হৈখোকলগা, খাইবোক য়েংল্লে তংখাই অমা চেংফুদা হাপচিল্লো। তংখাই অমা মাগী শরুক লৌরগা; চেজং ওইনা চাহুনা লৈরে। মতৌ অদু উবদা অর্জুন চংখিহনা মমাগী চরুদা থুরুমজরগা, হায়জরকই ইমা দাদা অনিগা ইনাওশিংগনা হংজন্দা তাকপিদরে, কপলিবা ময়ম অসিদদি নচাদা তাকপিয়ু।

দাদায়াইমদি মবুক চাওবমিনা চেজং চাহুনা লৈরে, য়েংবা মুংতাইহিবরা। ভসি ঈমানা ময়ম

তাকপিগ্রবদি ? সত্যনা সাক্তি নচা থরাই থারগনি। কুন্তী অর্জ্জুন মচাগী সত্যবাদি ওইবা মখিংজেন থংবনিনা, ঙুংশা খিরক্লুনা হায়রকই। অর্জ্জুন ইমানা কপ্পগী মরম অসি ময়াম্বা ননাওনা অরাবা কোকহনবা ওশ্মোই খওহনা তাক্লবনি, হৌজিক্কি নডোম্বা হায়রগে কুন্তী শিবপূজাগী রাকম পুম্নমক লোয়শ্না তমী; রা অদু তাবদা অর্জ্জুনা হায়রজে ঈমা অতুগী ওয়রবদি রাবিগনু; নচানা শিব পূজাগী সনাগী লৈহাও পিজগে। ইয়াম্বা ইনাওগী চাক লাম্বা মতৌ য়েংবা ওমত্রে চাক থোংখিকরো, কুন্তীনা হায় অর্জ্জুন ওশ্মোইদবদা হারগনু, ঈমা থরাই পাম্মুরকত্রবনি। অর্জ্জুনা হায়রজে ঈমা ওক্নগী চয়না শাক্তি সত্যনা থওখ্রশনু সনাগী লৈহাও ১০০০ অদু পিজবা ওমত্রবদি, হুমিং থানা পাল্লিবামথৈ নচা থমগী যাতনা ফংজগে, শোয়ররোই রাবীরুগনু। অর্জ্জুনগী রাশক তারবদা কুন্তী কপ্পা খোক্তুনা চাক থোংলে, লোয়রগা কৃষ্ণদা কংলে, মঙা স্নানক্রিয়া লোয়রদুনা চওডক্লে। কুন্তীনা ভীমগী মতৌ য়েংনিংতুনা হায় য়াইমা নঙ্গি শকক্তি চেং ওইনা চাখরবনিনা। চাক অসিদি নঙ্গি শরুক য়াওত্রে। ভীমনা হায়রকই ঈমা ঐনা চাবদি চেঙ্গি শকক্তনি, চাক্কি শরুক চাদ্রি চাকশু ঐগী শরুক চাখিনি। মচা ভীমগী মতৌ উবদা কুন্তীনা খোঙিওবা চাক এঙ্খাং অদু, শরুক অনিথোক্লা থাইদোক্লে, শরুক অমনা ভীমগী পুল্লপ চাক্লুক অমা শেমলে; শরুক অমনা মঙাপোক্লা শেমলে। মমা মচা তরুকমক কৃষ্ণগী মহাপ্রসাদ ফংখিরে। চাক তোকলবদা কুন্তীনা হায়রকই, অর্জ্জুন কোয়ুংলোমদদি সনাগী লৈহাও শাবগী ঙুংথং মথোংসনা, পুমনিন নিল্লে। ঐখোইগীদি নংনা দিগবিজয়দা থরা তাল্লুবস্থ দান তৌবগা চাশিল্লকপগা লোইশিল্লক্লে, অমুক তাল্লুবস্থ তৌত্রে হৌজিক্কি সনা তুলা অমাফাওবা লৈত্রে। কদাইদগী সনা লৌরুরগা লৈহাও শাগনি। ভীমনা হায়রকই ঈমা লৈহাওগীদমক রাবিরুগনু, অশোমদা নচানা চংলগা সনা শাবশিংদা

অদুম, ঐখোইগীশু য়াওনা শাহল্লুরগে।

কুন্তীনা হায় য়াইমা সনাদি কদাইদগী, ইমা সনাদি ঐখোইরোমগী সনা লৈত্রে, শোমগী সনানা শোয়দনবা অশুম শাহল্লসি হায়রুগে ? দাদা দুর্য্যোধনদু ঐগী খুৎফম খওলবনিনা য়ারক্কনি। রারকত্রগা মখোইরোমগী অশাবদু ওইনা শোমদা হেক পুজররুগে, নচা ভীমনা অয়াবা মওং য়েংহুনা। শোয়দনবা হোংনজরুগে রাবিগনু। কুন্তীনা হায় ভীমসেন মাদু ঈশা পামদে, হস্তিনা রাথোক ওইরক্কনি, অর্জ্জুনা হায়রকই ইমা সনানা শাবা লৈহাওদি, অচম্বা লৈনি। লাই কংপদা মহৈ লৈরোই, থাঙ্গেশেংবা লাইনা থাবা সনাগী লৈহাও হৌরি, ঐ শোইদনা হেকচরুগে, শিবপূজাগীদমক শাংদিবনি। কুন্তীনা হায় অর্জ্জুন অদুদি কয়া লাপনা শাংলিবা লৈনে ? মতম করম্বা কান্দা হেক্লুগদৌরিবা ? ঈমাদি শোইগত্রা হায়না ঙুংশা পিরে। অর্জ্জুনা হায় ঈমা লৈহাওদি, কংকদবা য়ুথক অমগী মমাংদা হেক্লবদি, ফল রাংলি। মরম অদুনা য়ুথক অমগা মনাদাংনংনবা হেকচরুগে, ভীমনা হায়রকই অর্জ্জুন মাদু শোইদনবা। ইয়াম্বা চেন্দুনা হেক্লগে মফম তাকউ।

মাদু দাদা য়াইবানা রাবিকত্রবসু, ননাওনা শোইদনবা হোংনজরগে, ভীমনা মনাওগী গুণ থংবনিনা শোয়ররোই থওচহনা। গদা অমা পায়রগা চংখি। কোয়ুংলোমদা মৌরক্লনা সনা

শাকম শশোংদা চঙ্ডকই, সনা শারিবা শং অহুগী থোংজাও অহ থিংজিল্লী। থোংনাওশিং হাংদোকুনা মসুংদা মৈকম কয়ামরুম পানখৎলগী, সমা শারিবই দুর্যোধন মনাওশিংদা দুংখঙ পায়হনা, সনা মৈথোকপা য়াওরম্মী। ভীমনা থোংনাওদা য়েংবদা উরে, লৌশিং অমা তৌরগা ছন্দেহ থরা চায়গ, নিংহনা। শং অহুগী দারা অকোয়বদা দং দং চেল্লগা থোংজিল্লোমদা। থংঙু চৈনথিমি কায়সি হায়না লাওরকই। ভীমগী থোল্লাও তাবদা ময়াম থকংনরে, দুর্যোধন তুরানবা তীমরকইবোই নিংহনা। মথুত্তা সনা মৈরংগী দুংখঙ অহুম পাইরগা য়াইমা কদোমদনো হায়না থোঙ হাংদোকুনা থোক্লকই। ভীমা দুর্য্যধনগী খুদাং পায়রগা, এ- ফারে ফারে হায়না লাওরকই। দুর্য্যধনা কায়িনো য়াইমা, ভীমনা য়াম্বুংনা শোমদা দুংথং পাইহনা সনা শাবা য়াওরিবসি, ইবুধোদা তম্ংবা য়াওরমাল্লে। ইবুধো ভীমনা চন্দ্রবংশ মচানা খুংনাইবা য়াদে, মানা জাতিগী ধর্ম্মবু থুগাইদনা চৎপগী দণ্ড জাং তাহনগনি। দুর্য্যধন ফারু হায়রহনা ইবুধোগী য়াথংনা, কাবা লাকপনি ইনাওশা নথোই কমা কনা সনা শাবা য়াওই ? শেংনা হায়দুওসিদগী নথোই হারিওন্দা থারগদবনি। ভীমগী য়াহে তাবদা, মচিনমনাও চামা কিবনা থক থক নিরুথারে। দুর্য্যধনা হায়রকই ইবুংঙো য়াইমা, ইয়াম্বদি থঙদহনা সনা মৈবা য়াওকরে ? ইয়াম্বু অমুক্তা কনবাযু। হনাওনা ইবুধোদা তাইনবিরবদি, ইদাম্বগী উপায় ওইগনি। নত্রবদি ইয়াম্বা মাংবা তারে সনা লুপা কয়ানা কনবীবা য়াগদগে। দুর্য্যধনগী য়া তারবদা ভীমনা হায়রকই, য়াম্বুংমক্তা পায়রম্বা অসিদা কয়মা ইবুধোদ, মীনমগদগে। অমসুং ঐনাবু শারমদে কল্লক-পমা হায়জিনবিরম্বনি হায়না, ইবুধোদা হুন্সংলুরবদি, কনবদি য়াগনিসে। অহুবু ছন্দেছ থরা চামিন থকমিননবদি প্রেমগী য়ানি, ইয়াম্বা ইনাও মকুগী কয়মনম্ম সনা লুপা লোগনি লুইদকো। দুর্য্যধন ভাব তারক্লহনা, মনাওশিংদা হায়রকই ইনাওশা থিল্লহসি, নয়াম্বা য়াইমগী ফোলা থরদং লাংসি ভাণ্ডারদগী হোল্লুরো।

পুজারিগুংহোন য়াওরকউ দুর্য্যধনগী য়া তারবদা, দুশাসননা চিবা মথোই কুম্হ্যা চেন্নখিহনা পুজারি দুংহান লোইননা, ফোলাগী মচাক লোইনা পাত্রগা কোয়না পুয়ক্লে। ব্রাহ্মণ পুজারিশিংনা দুংহোনগা লোইমনা, ফোলা তোৎলগা ছন্দেছ কয়া লা বা লোইরে। দুর্য্যধননা হায় ইবুঙ্গোয়াইমা ছন্দেছ অমুক্তা ফংবিথো ? কোয়া য়ারী শায়শি। ভীম ফোলাহু কৃষ্ণদা কংলগা গর্ত্ত থম্মা চারে, আচমন চিন খুংশা শেংদোক্লে. দুর্যাধম্মা পানা লালশিল্লি ভীম পানা লোহনা ! আসন্দা ফম্মী। দুর্য্যধম্মা য়াইশা ইয়াম্বু কমদোঙ্গৌ হায়বগ, ভীমনা য়াম্বু ফোলাগী মাইদি ঙাকচরগ। -তুংদা চাব থকপা তিল্লবা য়ানবা, ব্রহ্মভুজন প্রায়চিত্ত অম। ইবুধো খংহন্দনা ঐখোইরোমদা, লাওঙ্বা ভারি। চেংহরাই ঘি থাও মপোৎ লোইনা লাওঙ্রো, মীনা খংদমবা ইনা অসুম পুত্রগে, ইবুধোসু ঐনা শারমদে হায়হনা তাইনরুরগে। ভীমগী য়া তারবদা দুর্য্যধন মুঙডাইজরহনা, মনাওশিংদা য়াথং পিরে মনাও ময়ামনা ভাণ্ডারদগী হোল্লুহনা, ভীমনা পৃথিনবা পোৎ নিংথিনা শেমলে। ভীম য়ুম য়োরক্তনা ইনাওশা পোথারো হায়না লাওরকই, নোকুলনা পোৎ থারে।

যুধিষ্ঠিরনা হংই য়াইথা কদাইদগী পোয়কইবনো ? ভীমা হায়জৈ কোল্লুংলো যদা চক্চরুই, দাদা দুর্য্যোধনহু সনা শাবা য়াওরম্মী। নিংথৌ মচানা সনা শাবা য়াদে হায়ক্লিন্দুনা ফারুবদা। ফজৈরকপনি সনাগী লৈহাওফাওবা লোইনা পোয়কপা য়াগনি, অদুবু ইনাওনা হেকউরনি হায়বহুদা। সনাগী লৈহাওদি পুজরকত্রে। যুধিষ্ঠিরনা হায়খি য়াইমা মাসিগুম্বা থবকসি মতুং মনাওদি তৌরুগনু, ইপুন ইন্মায়া তারগা সুওডাইখিরোই। ভীমনা হায়জৈ অজ্ঞা ফগনি, মতুংদসু লৈরকত্রগা হেক মরোক্তরুগে দাদা দুর্য্যোধনসু ওস্তোক্লা চানবীহোয়ে। অসোমদা সনাগী লৈহাও ১০০০ অমা মণীমা লৈরিক চন্দুমা কস্তুরি জাবচন্দোগ্না মনম হাপলগা লৈথোক্ লৈনা ফজনা পাল্লিগ; শাবা লোইহমা সনাগী য়েন্দায়দা হাপলগা, দুর্য্যোধনা মমাদা শিন্নখরে। শোমদা, মুমিং তারবদা সন্ধ্যা ভোজন লোইরগা, কুন্তী লুক হৌহনা শ্রীকৃষ্ণদা লুক কংলে, ভিক্সিঙ্গি অর্ঘ দান তৌই, মমা মচা তকক মহাপ্রসাদ ফংবা লোইরে। মমা মচা তকক মাগী মাগী শয্যাদা চংহনা হিপ্পরে; ভীম মমাগীদমক থনবদা তুম্বা য়াত্রহনা, কৌগং-লগা ফম্মী। মনাওশিংনা তুমথজরকপদা হে-অর্জ্জুন হোগংলু হায়হনা হোদোকশিবে, অর্জ্জুন হোগংতুনা ফরি ওইরবনো দাদায়াইমা হায়জৈ। ভীমনা অর্জ্জুন লৈ হেকপা চংপ মতম ওইদ্রিবরা ? দাদায়াইমা থাংলি ওহাক্লং পোথাবিরুথো, এ তুমজকরে। অর্জ্জুনা অমুক চংলন তুমজখি, ভীমনা নকুলবু অমুক হোদোকই, নকুল হোগংলক্তুনা ভীমবু থুরুম্মী। ভীমনা তোমচা নম্নাম্বা য়াইমমা লৈ হেক্লুনি হায়বসিবু মকমসু তাক্কে অহিং থেংজিল্লক্লে নংবু থাজবিব্রা ? অজ্ঞা দাদায়াইমনা হায়খবদি শোইরোইদা ভীমনা এ- তুমজকরো, নকুল চংহনা তুমজখরে। ভীম সহদেববু অমুক হোদোকই, সহদেব হোগংলকই, ভীমবু থুরুমজৈ, ভীমনা তোম্বা নংবু পাঞ্জিসুথরা তমজরে। নগাম্বনা লৈহাও হেকউনি হায়রি শোইগদ্রা শোইরোইদ্র। অমুক্কা হোংলগ য়েংঙুদনা।

দাদায়াইমা অহিংদদি জ্যোতিষ শাস্ত্র ফাকহদে, দাদায়াইমা অর্জ্জুননা য়াশকত্র বদি, শোইবা হৌনদে, অজ্ঞা। ভীমনা হায় তোম্বা নং থওডব্রা থওদ্রিবা য়েংল, থওদ্রবদি তাকপিহোগে তৌবনি, ঙমিদাংদা পাঞ্জি য়েংহৈদবনি কাউরমুকো, তুম্মুবো তুম্মুরো সহদেব চংহনা তুমজখি। ভীম অহু অহিং নোংশোইবা, মনাওশিংবু হোদোক হোদোক্তুনা অমম্তা তুম্বা য়াহন্দনা, অহিং অহু লেপ্লে। নোংডাল্লমদাইগী যুথক য়োয়রুবদা কুন্তী হৌগংলক্তুনা, অর্জ্জুনদ শাযবকই ফাল্গুনি লৈ হেকপা মতম ওইবে থিল্লমু। অর্জ্জুননা হায়জৈ ইমা চাইথমবা হশি' পুম্বীদুনা স্নানগী থোয়াং তৌবারো, মচা লৈহাও হেকচক্লরগে কুন্তী স্নান তৌনবা থোয়াং হোংনখ্রে; অর্জ্জুন লিরুং তেন্দোং লোয়গা মমাবু থুরুমলগা মপান্দা থোকখবে। ওমাং ময়াইদা লেপ্লগা লিরুং লিম্নি চন্দুনা, মনভেদী, বাযুবা অস্ত্র, তেন অনি শংলগা তেঞ্জিন্দা নিয়োম পি। মন্ত্র শোল্লগা গুরু দ্রোনবু নিংশিংহুনা ! লিম্নি নাকোং ফংনা চিংলগা অয়াং পাংনা থারে। তেন অনিহু নিমিষ ১০গী মমুংদা, অলকাপুর য়োয়ক্তুনা মীগী মূর্ত্তি ওইরগা কুবেরগী সভাদা চত্তকই। ভক্তি তৌরগা হায়রকই যক রাজা, শিব পুজাগী সনা॥ লৈহাও ১০০০ অমা হেকউ হায়হনা এখোই অনি থারকপনি। হেকচৌ হায়বরা হেকমু হায়বরা তাকপিমু।

কুবেরনা হায়রকই, মবডাম্বি কনাগী তুতনো ? মনভেদো, বায়ুব্য, অগ্নিনা মহারাজা ঐখোই হস্তিনাপুরগী লাকপা ! অর্জুনগী তেমি । হেকচক্লে হেক্ননকই, হেকচক্লে নুমহুনা হেক্রকউ হায়না ঙাকসিন্নকই । অংখোমো হায়নবগে থুনা ঙাকশিয়ু । অর্জুনগী পুন খংলবা কুবেরনা হায়রকই, অর্জুনগী তেম নবাতাকবিনা হেক্লিংবা লৈ পুম্নমক হেকচখো, অপোকথদি হেকউম্লু । কুবেরগী য়াথং কণ্ডবদা মনভেদোনা হায়রকই, মহারাজ লৈ হাপনবা য়েন্দাই অমত্তগা শিবিয়ু, কুবেরনা সনাগী য়েন্দাই অমা পিরে । অনিচু য়েন্দাই পুবগা মীগী মূর্তি তোকলগা । তেন ওন্দুনা লৈগী বন্দা প্যাইশিনখরে । সনাগী লৈহাও লিপিং অহু হায়া খন্দুনা হেক্লগা । য়েন্দাইদা হাপচিন্নগা তোপনা থম্মী । মনভেদোনা অশাংপা লৈগী জাং খাকপা লৈরুনা ককথরকই বায়ুব্যনা লৈপাক্তা তাহন্দনা গুন্দা লৈহনা থম্মী । হেকউইবা লৈগী জাং যাথী, যুথী, মাধবী, মল্লিকা, গিরিশকুসুম, নাগেশ্বর, মবক, মালতী, কেতুকী, চম্পা, শেফালিকা, ভূমীচম্পা, জলপদ্ম, স্থলপদ্ম, অপ্রাজিত, পারিজাত, কুন্দো কুন্দাবলী, মধুমন্তী, স্বর্ণযুথী, সূর্যমুখী, চন্দ্রমুখী, কুমুদ, কহ্লার, পদ্ম, অসিনচিংবা লৈগী জাং শাংলিবা মথৈ চিখদনা লোইনা মনভেদোনা হেকই । বায়ুব্যনা অস্তিরাদা লৈরুনা পুখৎলকই, সনাগী লৈহাও লিপিং হাপ্লিবা য়েন্দাই অহু মনভেদোনা পুরে । মরাম অহুনা বায়ুব্যনা পুরগা; নোংতাল্লমদাইদা হস্তিনা য়োরকুনা । মহাদেবগী লাপাদা হৈখরে । লৈরুনা যোগেশ্বরগী হোজংদগী লখী থাক্লগা, মাইকৈ অতৈদো চেকপন মথোংদগী মন্দিরগী শিলচক্র কাওবা । "পশিল্লপ" । হস্তিনথি চবা লৈহাওহু অর্জুনগী খুত্তা শিন্নরগা । মনভেদো মায়ু অস্ত্র তেনোংদা চঙখরে ।

অর্জুনা কুন্তীদা ইমা লৈ হেকচকরে লৌবিরো হায়না শিন্নবে, কুন্তী সনাগী লৈহাও কংবদা স্বর্গ থুংনা লাম্বা ফবগুম, মুওগাইজরে । স্নান লোইরবুনা পুজাগী পোৎলম শুনা নোংতাল্লকপদা কুন্তী শিব মন্দির তান্না লাকচৈ । মা'শব আশুতোশনা উরব্বুনা চিণ্ডখৈ তল্লকপদা লেগুখত্রুনা । স্নান লোইরগা বিষ্ণু তৈশিন্নে, নাযাবাল অমা ইশিন্নি, দুর্গনা হায়জৈ প্রভু ভস্মনা কদাইদা লেজদোরি-রিবনে ? শিবনা পুয়ে হস্তিনাদা কুন্তীগী পুজা লৌকখিগে হায়রমলগা, অবিভুত লেগুকপনা মিংকুপ অমদা থুগ্রাখি । মন্দির পোং হাংদোক্লগা থোংজিন পায়থন লেপলগা । কুন্তীবু ভাইতুনা লৌরিরি । কুন্তী যোগেশ্বরগী হোজং চৈরকপদা, লৈ মরাম পৈরম্মীবত্ত উবদা গাস্থাবী মচেম্মা হানখ্রমাল্লে নিংথুনা লেপ্তু না লৈরে । মহাদেবনা উরব্বুনা কৌরকই, কুন্তী করিগী লেপ্পী. নচা অর্জুননা পৈরম্মা লৈনিং লৈনমনা হারত্তনা মিকপ থোক্লকপদগী, কুইরে নংবু গ্রহইম্নিবা । থুনা চঙডকলো হায়না মহাদেবনা তাকপীরকপা য়াথং তারবদা, কুন্তী চেনসিনজরকই মহাদেব শিব লিঙ্গদা তিনসিনখিবুনা উখিদরে ।

কুন্তী লাইমাংহু য়ুম্ভজলমা তৈথোকচরে, হৈরুক পানা ধুতরা পুষ্প বিল্পত্র, ধান্য, দুর্বা, গন্ধ চন্দন, তৈল, পত্র, ধুপ বর্তি, ঘরমপচার শুনা থারগা । বর্তি চযাৎতুনা পুজা হৌরমলাইদা, শম্ভু মূর্তি তবা তমং লেংথোরকলে কুন্তী হেংডগা হায়, ভাইখো কুন্তী লৈহাও কপি এগী প্রার্থনা, থমখুবনি ।' অদুবু মনা ঐতোম্না পুজা লমম তৌহুনা কংলাবনি, অদাওবা মবম লোবা-চুমথোকই,

ঐনা দ্রৌবদি কৃষ্ণগী নির্ম্মল্য, মহাপ্রসাদ অহুত্তবুনি। নঙী কল মাংদনবা শ্রীকৃষ্ণদা ঐ কৎপিখিগে হায়রগা। শিবনা লৈহাও অহৃগা লোইশনা কৃষ্ণদা কৎখিনু। হে-ভগবান বৈষ্ণবীনা লাংজবিবা পূজা, সনাগী লৈহাও চরন্দা শ্ননাইনা কচ্চরি, জগতনাথনা মাসিবু লৌবিয়ু। নিমল্য অসিনা ননাই ঐ কংজগে, মহৈনা কুন্তীদা পীখিয়ু হায়না কংলগা, মহাদেব শিন্দা কপ্পা থিনশিনখ্রে। কুন্তীনা শিবগী খঁকনগ য়েক্কা মকমগ খোল্লুনা লৈহাও কৎলগা * স্তুতিমটৈ, শিব- মূর্ত্তিমাঙ্গা হায়গা লৈহাওনু মমাব লৌনহল, কটাঙ্গা থেংখরে। মহাদেবনা পেল্লহ্না হায়, কুন্তী নঙি নচা অর্জুননা, নোম হুনি কাপলগা ধনপতি কুবেরবু অয় তৌরফুনা, সনাগী লৈহাও হেক্রকপা ওসী হায়বগী মখিং ধনঞ্জয় হায়না থোল্লগে। মচাগী মমিং অসি মরোল অহুম ফুনা ফাওরকগু, মতম অমদা নচাশিংনা পৃথী অয় তৌরগা মচা অহন্না সর্ব্ব ভূমাপতি ওইবনা পানমগ্ন। অস্তুমা বর পিরমলগ্গা মহাদেব অন্তর্ধান ওরগা কৈলাশদা থেক্তী, কুন্তী শিবগী নির্মাল্য লৌরগা হুকোকলকপদা। গান্ধারীসু শিব পূজা লারকপদা, হোঙগা থেংখরে। কুন্তীনা গান্ধারীবু খুমজী গান্ধারীনা হায় কুন্তী লৈহাও কৎলুবরা? কুন্তীনা কচ্চকগা অহা সনাগী লৈহাওদি কপ্পাইবগী কডিং; কুন্তীনা হায়রি অলকাপুরগী অর্জুনা হেকচকই। কুবেরবু অয় তৌরকই হায়বগী শিবনা অর্জুনবু ধনঞ্জয় থোনবীরমলগা, কৈলাসদা লেংখ্রে, নির্ম্মাল্যদি ইচেম ইবেম্মসু থর কংবিরৌ। কুন্তী গান্ধারীদা সনাগী লৈহাও নির্ম্মাল্যসু বরা পিরমলগা চংচখি, গান্ধারীনা য়েংওকপদা পৈরম্মীকা লৈ ময়াম অচ উবদা গান্ধারী ওকখ্রে।

গান্ধারী ইকাইবগা শাওনিংখিবগা পুরকইবা পুজাগী পোৎ-কৈ সনাগী লৈহাওগা, হেকশঙ্ক মথোংদা লকপ্পাইরম্মগা কোন্নুংদা হুজিনখি। মচা ১০০ হৌরাওনা পাও তানিংনা আরকরগা, মথাক খুরুমগা কৈনা ইন্দোনব্দি লাকয়রবরা হংজকই। গান্ধারী মৈ হৌবগম শাওরকুনা হায়রকই, ঐনা মখোই ১০০ পোকপবুদি কুন্তীনা মমাদা পোকপনা হেল্লি। অর্জুননা লাইরৈপাকগী লৈ হেকলুক্লনা, মহাদেবনা কৎপদগী শিবনা ধনঞ্জয় হায়বা মিং থোনবিখি, কুন্তীনা মমায় পাকখি। ঐনা ইমাইখুবা হায়রকই, মখোই ১০০ অসি থবক খুদিংদা, পাণ্ডবকী পাওখাম মথা থাবা ওইয়ু হায়না চৈরমলগা, অভ্যন্তরদা চডখি। অমোঙদা কুন্তী য়ুম খোরকপদা মচা মচানা খরুম্মগা কংজৈ, কুন্তীনা পাও লোইনা তল্লী। অর্জুন মচাবু চেৎনা কোল্লগা লাইশ্নকা হন্না হন্না চুপ্পুনা বব পী, স্বর্গ মর্ত্ত, পাতাল, মরোল অহুম অয় তৌনা ওমজো, পাণ্ডব মুক্তাইবগী কথাকো তাওখ্রে। অসিগুম্না আদিপর্ব্বগী য়ারী ঋষি ব্যাস মুনিনা লেংঙবা অমুক্তগী মখক্তি মাস্থিবু মীতৈ ইমাপোল্দা পাংত্রবা ঐনা সাহিত্য সেবা পামজবদগী ইজবা অসি অসোইবা গয় পাঠকশিংনা ওাকপিগনি। ইতি। হরিবোল হরিবোল মতাং অসিদা শ্রীকোমসম সনুং সিংহ য্যোতিষভূষন পণ্ডিতকী শরুক লোইরে। ইতি।

---

* মূল — স্তুতি। নম স্তুভ্যং সদাশিব যক্ষরক্ষ জগৎগুরু। ত্রোদয়ে চরনাম্ভোজৌ ভক্তি রস্তু নমামিত্যং। দেব দেব মহাদেব ভক্তি মুক্তিপ্রদা প্রভু। প্রনতি পুর্ব্বক নৌমি দেহি ভক্তি মুহুর্ম্মুয়ি।।

## অধ্যায় :—

## পদ্মাবতী স্বয়ম্বরগী কর্ণনা লক্ষ করকপগী বারী মতাং ॥

অধ্যায় অসিদগী শ্রীনিংথৌজম অমুগোধা সিংহ, কথা বাচক পণ্ডিতকি ইথিরকপা, বারী শৈরেংগী শরুক হৌজরে ॥ বারী তারিবা অঁগ্নেজননা হংজে মুনি ইবুথৌ কর্ণ, ঈথেঙ্কো পদ্মাবতী স্বয়ম্বরগী বারী লিখিথো তাজরগে, মুনিনা হায় তারো সিংগে ভগৈগুর নিংবৌ। কান্যাকুব্জ দেশদা পদ্মাকর কৌবা নিংথৌগী, মচা কন্যা অমা লৈ, মমিংনা পদ্মাবতী কৌই। মনক মতো কৈজে সতী সাধ্বীগী লক্ষ্মী, নানা জ্ঞান তারকপদগী গুণ চেম্ববা বিদ্যাদা, জাতিদা উত্তম ওইবা। পুরুষ বত্ন অমতং মপুরোইবা ওইনা ফংজনিংবদগী, দুর্গাবু নিত্তিগী পুজা কচ্চরগা লোইরকপদা দেবীদা বর নিজৈ, অদুগা পদ্মাবতী যৌবনগী বয়স ওইরক্লে। দেবীনা পেনবীগুনা ঘিনোংবা কন্যাগী সপ্নদা কর্ণবু পুথীরকগা, দেবীনা হায়রকই, কন্যা পুরুষ রত্ন হায়বাতু য়েংজো, মসিনা মদি নপুরোইবা ওইনা সেবা ফংজো হায়না পিথিরম্মী, পদ্মাবতীনা আসন থাজরগুনা কর্ণ ফম্মী। মবুত্তেঙানি হায়না প্রান কংথোকচগুনা। ওইদা থৌগল্লুনা কমজয়গা প্রেমগী বারী শানথদগী মংফাওনরে। মমংদা দেবীনা পীথিরবা মবুত্তেঙাগী প্রেমা, থম্মোইদাদু অমুতাপ ফংথরে পদ্মাবতী রাজকন্যা ব্রত কংতুনা মপানথোকুনা। দেবীবু পুজা তৌতুনা লৈথি। মাসিবু দেবীনা পেনবীরগুনা মনাই মুপীগীদমক, শিনবীরগে নিংতুনা মহাদেবদা মরম পুন্নমক হংলি। শিবনা হায় পৃয় ঐনা থবক পাংথোকনবা হোৎনবাগে চংসি হায়তুনা, সিব দুর্গা পরশুরামগী লাইনিংফম বদরিকাশ্রমদা থুঙ্গরে। হর গৌরী লেংডরুবদা পরশুরামনা অষ্টাঙ্গ ভক্তি কয়ামরুম লৈশি, লৈথোন্দুনা শিব দুর্গাগী চরণদা খুরুমজে। শিবনা হায় রাম নং কান্যাকুব্জ দেশদা চংলো; পদ্মাকর নিংথৌগী মচানুপী কন্যা পদ্মাবতী অচু, সপ্নদা নমানা নজি শিষ্য কর্ণবু উদ্ধবদগী কর্ণবু ফংজনিংবনা ব্রত কংলগা নমাবু পুজা কচ্চতুনা লেরে। লিরুং তেন্দো অসি পুরগা অতৈনা ককপা চম্মোইদবা কর্ণনা ককপা ঙমগদবা, লক্ষ অমা শেখীজ। অদুম তাকপীরগা দুর্জয়ধনু, তুন পিরমলগা, শিব দুর্গা কৈলাশদা লেংখরে। পরশুরাম লিরুং তেন্দোং পুরগা, কন্যা কুব্জদেশগী সভাদা থুংডরে। ভৃগুরামবু উবদা অকিবগা লোইননা, নিংথৌ পাত্র মন্ত্রি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব চপ মান্নবা দণ্ডবৎ কংলি; পরশুরামনা অসির্ব্বাদ তৌরকই। নিংথৌনা মথুৎমক্রা গন্ধাসন থাই, চরন শেঙ্গিন্ত পুজা তৌই। ছন্দেহ কৎলি মাংদা খুৎ লোয়রুনা গুরু লেংবিরকপবু, করি য়েবা তৌজৌ হায়বগে হজংলে।

নিংথৌগী ভক্তিদা পেন্নতুনা রামনা হায়রকই, মহারাজ ঃ ঐ লাকপগী বারী শানরসি আসন্দা কম্মুরো। পরশুরামগী বাথং কণ্ডবদা নিংথৌ মাগী আসন্দা ফমজরে, নোমুকপা বাইনা হায়রে ননাই ঐতোন্দা করি তাকপীগদবা ? তাকপিয়ু। রামনা হায়রকই মহারাজ মহাক্রি মচা কন্যা

অমা লৈবরা ? মিংথৌনা লৈজৈ হায়না হঙংলি। রামনা হায় মশক অমুক্তা য়েজে পুখোল্লকউ ? ভৃগুরামগী য়াথং তাবদা পদ্মাঙ্করনা কমি অজ্ঞা; ইচা লৌজরুখিগে হায়রগা, মিংথৌ কোম্নুংদা চঙখী। রসবতী রাণীগী মক্মদা হায়রকই, পৃরে ওসি দরবারদা পরশুরাম গুরু লেঙওকই, ইচা পদ্মাবতীবু পুখোল্লকউ য়েজে হায়না, তাকপীরি। ইচাবু পুখোক্লুনা মুনিবু অমুক্তা খুরুমহল্লো, হায়রগলগা করি ওইরগবা থম্নুনা দরবারদা থোকখি। মহারাণী মচা কন্যা পুন্না ছন্দেছ কয়া লাংহনা, রাজসাজাদা থোক্লকই। পাটেশ্বরী পদ্মাবতী মমা মচা, রামগী চরন্দা ছন্দেছ কংলগা, খুরুমজৈ। পদ্মাবতী কন্যাবু অশির্বাদ তৌবীরগা হায়রকই; রাজ কন্যা নং দুর্গা ঈমাবু পুজা তৌজরকপগী ফল নংমা পামজবা অচ্চু হন্দক্তি লেপ্না থুংজবা ওইজরো। অম্নুমা মুনিগী বর কংজরবদা খুরুমজরগা, মমা মচা কোম্নুংদা চংজখি। ভৃগুরামনা হায়রকই মহারাজ নচা কন্যা অসি, অত্তাংবী মুপী মচানি। লক্ষ স্বয়ম্বর লিংথংলু, পৃথীবীগী মিংথৌ নিমন্ত্রণ তৌদুনা কোরগা, লক্ষ ককপা ওবা নিপা অদুদা নচা অসি কংলু, ঐনা লক্ষসি শেম্বীরমগনি। পদ্মাঙ্করনা হায়জৈ গুরুদেবগী য়াথং মতুং ইন্নুনা, ইচাগী লক্ষ স্বয়ম্বর লাংজরগে মিংথৌগী য়া তারবদা পরশুরামনা হায় মহারাজ, ঐগী লিরুং তেন্দোং অসি নত্তোন্দা পিরগে। লিরুং অসি লিরি চল্লগা তেন কাপ্পুনা লক্ষ ককপা ওবদা. ইচা কংকনি হায়না সঙ্কলপ তৌ। রারম অসি তাক্লগা রামনা শিব ধনু তেন্দোংপা কোয়না পিরে, মিংথৌ লিরুং পায়রগা রামগী য়াথং মতুংইন্না পিতৃ লক্ষা শাক্তি তৌদুনা রাশকথরে। দরবার সভা মীয়ামনা জয় ওয়রে হায়না লাওনরকপনা, পুমনিন নিলখি। পদ্মাঙ্করনা হায়জৈ গুরুদেবনা হন্দকী লক্ষসি শেম্বীয়ু ? রামনা ফৈ লক্ষ ঐনা শেম্বীরমগে। রারম পুম্নমক লেপ্পলুনা মঙস্থোন্দা থোক্লুনা; লিরুং ২০০ লাপনা য়োংকী মুম্বী ক্রোষ মথাই অমামম, রাংনা য়ুভিঙ। য়ুম্বীগী মত্তোন অনিদা ভাসপথি অমমম, থম্বী। য়ুম্বী অনিদুগী ময়াই চপ চানা লিরুংগা তেন্দোংগা, থাংঘাং শেম্মগা থম্বী। অদুদগী স্বায়ম্বরগী সভা মাওব চাওনা থল্লি, রাজ সভাগী কমকম আসন পরেং পরেং নাইন। ফজনা থাই।

স্বয়ম্বর মাওব চিত্র বিচিত্র ফজনা লৈতেংদুনা শেম্মী, পরশুরামনা হায় মহারাজা লিরুং অসি লিরি চন্দুনা, তেন্দোংদগী তেন অনি লোৎদুনা পুলপ জুরিদুনা কাপলগা, থুকাপ অমুক্তা ভাসপাথি অনিমক চপ মারনা কক্কুনা থাদবা ওবা অদুদা, নচা কংলু। ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি বৈশ্য শূদ্র ওইরবসু, মিংথৌ পদবী লৈবমথৈ রাওহল্লু, হৌজিক্তি ঐ হল্লগে হায়দুনা বিদায় তৌনরে, মিংথৌ রাব খুরুমজদুনা। লৈহৌই, পরশুরাম বদরিকাশ্রমদা লেঙখি। পদ্মাঙ্কর মিংথৌনা পত্র ইদুনা দেশ খুদিংদা মিংথৌবু বার্তোন তৌরে। ব্রাহ্মণ ক্ষেত্রি বৈশ্য শূদ্র ওইরবসু মিংথৌ পদবীত্তবু ওইরবদি. হন্দকী লক্ষসি রাওবিব। রাগনি হায়রমা, পত্রদা ইদুনা দেশ খুদিংদা পত্র থারে। নিমন্ত্রণ কংবদা মিংথৌ পুম্নমক স্বয়ম্বর দুমিংকি চানবদা, লাকনবনা স্বয়ম্বর সভাদা থুওরে। লাক্লরিবা মিংথৌশিং মগধ রাজা, চেদিরাজ, পাঞ্চাল মিংথৌ; কাশিরাজ, মদ্ররাজ, মৎস রাজা ত্রিগর্ত রাজ, করি। ভগদত্ত; বিন্দ, অনুবিন্দ, চেকিতান,

শাম্ব, ধৃষ্টদ্যুম্ন, বিরাট, উত্তরবা কৌশল, কলিঙ্গ, পৌণ্ড্র মদ্র, মৎস্য, দেবক, ধৃতরাষ্ট্র। কেকয় রাজ, বীর অঙ্গ, সূতনাথ কর্ণ, বাহু, মহাবাহু, সুষেণ, সুরণ, ... নিংথৌ কয়ামক লাক্লে।

স্বয়ম্বর মাণ্ডবতা মকোক মথং পরেং নাইনা আসুম্না ফমনরক্লে, পদ্মাক্ষর নিংথৌমা রাজ সভাবু মতিক চানা, সেবা লাংহনা পেনহল্লি। পদ্মাক্ষরন্য মাথুং পিরক্লুনা, পদ্মাবতি কন্যাবু নিংথিন্য শেম শাহনা, স্বয়ম্বর মাণ্ডবতা পুথোকলকই। রাজকন্যা সভাবু ভক্তি তৌরম্মগা, সনাগী তোজি মনুংদা সনাগী যুথল থাদরগা সখীশিংনা চামর থোগল তৌই। রাজকন্যাগী মশক উবদা নিংথৌ পুন্নমক্না থাগৎনখি পদ্মাক্ষরনা রাজ সভাদ, খুৎ লোম্হনা নোমক্না হায়জরকই। তাবীয়ু রাজসভা লিক২০০গী লম লাপনা মুডিডবা য়োংকী মুথী অমি অসিগী মতোম, ভাসপথি অমি থম্মী। যুথী অমি অসিগী ময়াই চপ চানা থাংঘাং থাহনা থম্মীবা লিরুং অসিবু, লিরি চল্লগা তেন্দোংদগী তেন অমি লৌরগা থুকাপ অমদা চপ মান্নমা, ভাসপথিগী মডক কক্লুনা থাদবা নিপা অদুদা, ঐগী ইচাম্নুপী কচবা অসিমি ঐগী রাশকচরীবা, রাজ সাভান্না চানবীহনা ঐগী রাশক অসি থুংহনবীযু, তৌজিক লক হৌবিবা য়ারগনি। পদ্মাক্ষরগী য়াহৈ অসি তাবদা রাজা সভানা হায়রকই, মহাবাহু নহাক্কী রাশক কাইদনবা ঐখোইনা হোৎনগনি। অসিদগী নিংথৌ ময়াম মথং মথং হোৎনগনি। লিরুং অদু লিরি চনগে হোৎনকবদা, থাজংপা ভমগ্রহনা মাইপিখা নগা য়াওরে। কনানা লিরু অদু খোংজিন্নামা লৈপাক্তা যুংলগা লিরি চনগে তৌকবদা, লিরুংনা কাকাংলক্লুনা লডবদা রাম্হনা ঈশিং চাইহনা লাক্লবা য়াওব নিংথৌ কয়াম্নরুম মমাই হুদোকশা শুরেং হিংকোকপা, মথুং তেকপা কয়া য়াওনরে। লিকংজি মগুম্না চঙ্গদবা কিনডনা, নিংথৌ কয়ামকুম মক লুক্কুনা লৈনখরে নিংথৌ কয়ানা মাইথিবা অদু উবদা, জরাসন্ধ হৌগৎলক্লুনা লিরুংগী নাক্তা চখিঙ্গ। লিরুং অদু কায়গৎলগা খোংজি পৃথীদা য়ৈশিন্দুনা, লিমাংদা খুকউনা নমলগা কৌ খোংজি লাকখাইনা। লিরি চল্লকই। পাম্থোমগী পাঙ্গম্মা লিরুংদু লাংনা হাগৎলগা। লিরি ঝন ঝন থিজিডু অদু উবদা নিংথৌ পুন্নমক্না, থাগৎনহনা সোইদনা কক্লগনি হায়না নিংনখি।

জরাসন্ধ তেন্দাংদগী তেন অমি শৎলগা লিরিদা তেঙ্গা খোহনা নিরম মন্নগা শোইননা লিরি নাংকাং ফংন্না চিংলগা থাবদা, অমরোমদা তেন্দু পুলপ চৎখিহন ভাসপথি ককপা ডমগে, তেন্না অরেম্বদা মাংখি। মগধরাজ ইকাইবা ফংহনা হজিন্নগা মক লুক্কুনা লৈখ্রে। ক্ষেত্রি নিংথৌ অকন্নবা কয়া শিশুপাল, সুবাহু, কলিঙ্গ, বীরবাহু, দ্রুপদ, বিরাট, ত্রিগর্ত্ত, ভগদত্ত, মদ্ররাজ, কৌশল, কেকয় রাজ, বিন্দ, অনুবিন্দ, চেকিতান,। হায়রিবা নিংথৌ চংহনা কাপনরকপদা, কনা অমত্তনা লক্ষ ককপা ডমগ্রে। পদ্মাক্ষর নিংথৌনা মাইগে খুদিং ওল্লগা হায়জৈ, ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রি, বৈশ্য, শূদ্র, চারি জাতিগী মনুংদগী নিংথৌ পদবীতবু ওইরবদি, ঐগী লক্ষশি ককপিয়। লক্ষ ককলগা ঐগী রাশক

খুংহনবীবা অহুদা, জাতি য়েংজরোই মরল য়েংলোই ইচা কৎচগে হায়না; হন্না হন্না লাওরকই। কনাগুম্বা নিংথৌ অমত্তা হৌগৎনরকত্রে, মতম অহুদা বৈকর্ত্তন কর্ণ হৌগৎলতুনা লিরুংগী মনাক্তা চংখি।

* কর্ণগী রূপগুণবু উরকপদা রাজ সভা পুম্নমক, মিৎয়েং অমত্তা ওইনা য়েংনরকই। অক্ষরকপচ কিরিটি কুন্দল লৈতেংইবা, আজানু লম্বিত ওইবা ভুজ, প্রকাণ্ড শরির ওইবা চরায়বা নোংশাগী মতৌগুম্বা কর্ণবু উবদা; লাইনা (শাল তৌহুনা) লাকপরা ? শোয়দনা লক্ষ ককখ্রগনি, হায়না খল্লরকই। কর্ণ লিরুং তৌখৎলগা লিরি অমুক থাদোকুনা অম্রক হন্না লিরি চন্নগা ওইগী পাখোমনা লিয়াংদা, নমহনা পায়রগা, লাইনা হায়গৎলি। লিরি শিংলগা টঙ্কাব তৌরকপগী ধনিনা মীয়াম নাকোং বৈশিল্লিং কর্ণ তেন্দোংদগী সেন অনি শংলগা তেঙ্খিন্দা মনভেদী মন্ত্র শোল্লি। লক্ষভেদী বিদ্যা হৈবা কর্ণনা লিরি নাকোং ফংনা চিংলগা, অতিয়ারোমদা ওনখৎতুনা কাপ্পী। তেন অনিহুনা ক্রোশ মথাইগী মপা য়োরকপদা; তেন অনিত্থু থাইদোক্লখিহুনা ভাস পখিগী মভক্তা চপথাহনা, ককলগা থাদরে। কর্ণনা লাইনা ককখ্রিবহু উবদা রাজসভানা খল্লরকই, নিপা অসি সুত নিংথৌনি। সুত মচা অসিনা ক্ষেত্রিগী রাজা কন্যাবু লৌখ্রবদি, ক্ষেত্রি বংশ অসি কগৎতা কনানসু উশিৎখ্ররোই, রাজ কন্যা পেথিবা য়াদে যনরকই। মতম অহুদা পদ্মাবতী দধিপাত্র লোইহুনা; লৈ ছকদবগী কর্ণগী নাক তাম্না চংজরকই। মতম অহুদা ধর্ম্মা লৈতবা নিংথৌ কয়ানা লাওরকই; কন্যা পোরিবা য়াদ্রি ভাইখৌ হায়না খাম্মী। রাজা সভাগী রাহৈ ভাবদা কর্ণনা ওংহুনা হায়রকই। রাজ সভানা খাম্মীবা মরম করিগীনো ? কর্ণগী রা তাবদা অন্যায় ভৌরিবা নিংথৌ মরায়্না হায়রকই, ক্ষেত্রি মচাগী লক্ষ সরম্ববদা সুতগী মথৌ নত্তে, রাজ কন্যা ফংবা য়ারোই। নিংথৌশিঙ্গি অন্যায়গী রাভাং তাবদা, কর্ণ অচাকপা মৈদা ঘী থাক হৈক্কিল্লগা মৈচাক হেঙ্গৎলকপগী মতৌগুম, শাওরক্লুনা হায়রকই। লক্ষ ককপদি ভমজত্রগা কন্যা মুনগনি হায়রিবা! ধর্ম্ম লৈত্রবা নিংথৌ কনা কনানো চোংথোকলকউ. নডক কুক্তনা থাদগে। কর্ণগী অয়াকপা রাহৈ তাবদা, কর্ণ হাপলু সুত মচা হাৎলু হায়হুনা মাগী মাগী খুৎলাই লৌনহুনা। প্রলয়গী মতৌগুমনা লান হৌনরক্লে।

পদ্মাবতীবা খুং লোম্নহুনা হায়জরকই মহারাজ ননাইগী থরাইদি ইবুঙ্গো নজি চরন্দা কচ্চরে। মনাইগী ইহাকথক্তা নিংথৌ সভাগী খুবাক্তা অরাবা ফংবা ভাবি, ননাই পুবিরগা থরাই চি নবা চনবীরো। রাজ কন্যাগী রা তাববদা কর্ণনা হায়রকই, কন্যা রাকপনু। ইন্দ্র মথন্তুনা দানব পুম্নমক নৈইৎ পনি, গরুর মতোমতনা লিন ময়াম জয় তৌবনি, নোংশা অমদা শক্তি শঙ্গ অমনা করিত্তৌজবা ভমগদগে, ফত্রবা নিংথৌশি অসি মিংকুপ থরাী মন্নংদা, লেপ্না জয় তৌগনি। রা অসি হায়রগা কর্ণ পদ্মাবতীবু রথগী মথক্তা হাপক লগা লিকং তঙ্কার তৌহনা সিংহনাদা লাওরকই। রাজসভানা কর্ণবু মরোল অনি কোইরগা মাইগৈ থুদিংদগী কাপলকলিবা তেম্না নোংথাং কুংনা চুথরকপা লোঙ্গা

* ব্যাখ্যা— পদ্মাবতীগী স্বয়ম্বর কর্ণগী রাবী অসি দেবী ভগবতকী মতনি। ইতি।

মায়না হায়ৰরকই। চরাম্বৰা নোংশোঙবা কর্ণনা, তেন্দোংশগী হেদিক শয় সংগুনা মাইইক খুদিং চৈরছনা কাপলকপনা, ময়ামগী তেন্থু কৰহুনা থাদৈ। অমুক কানথোকনবনা তেৱা কনাগী লিরাং মকই, কনাগী রথ য়ানখাই, কনাগী শুমাইদা থাই, শগোল শাযু পয়াক্তি কহুনা থাদৈ। মাইগৈ অমদা ইন্দ্রজাল মাইগৈ অমদা নাগজাল, মাইগৈ অমদা ব্রহ্মজাল, মাইগৈ অমদা মৈগী তেন কাপই, মাইগৈ অমদা নোঙি তেন, মাইগৈ অমদা ব্রহ্মবান থাদ্রে।

গন্ধর্ববান, কিন্নরবান, কিরাটবান, বরুনবান, সিংহবান, ব্যাঘ্রবান, ধারাবান, ভুরন্তি, তোমোর, জাঠা, জাঠী, শেল, শুল, চক্রবান থারে। কর্ণনা তেৱা কনাগী মখলা, লাইবকা থবাকা পাম্বোমদা, নাক্তিদা, মকোক।, নাকথংদা চুবাদা, মাপদা, মুদা তোংদা তিঙদা, তেরা পুক্তা থম্বা পাল্লি। কর্ণদি থুংলাই চংদবা কুরিং কিংপক্লিনা থুংলাই অমত্তা চংদে, রাজা সভায় মাইগৈ খুদিংমা হাহাকার লাওহুনা। মথরাই পুক্ৰা তেঙে। কর্ণবু যম কালগুম্বা কিনপ্রহনা, নঙি নঙি থরাই হিংনবা চৌংরো হায়না লাওৱরকপনা সমক্রগী ইথক হৌরকপগী মক্তৌ ওইথরে। নিংথৌশিং অহু কনানা কিরিটি কুণ্ডল য়াওত্রে, কনানা কুরিং য়াওত্রে, কনানা কনাগী শগোল রথ শামু য়াওত্রে, ঈহং লাইহং শারহনা, মাইগৈ খুদিংদা মথরাই শিনিংদবদগী, চোইনা চেরথ্রে। কুমিৎ তারকপা মঙ্গা তকুম তকুম তৌরকপা মতমদা। লান লোইহনা কর্ণ জয়ধ্বনি লাওরকই। কর্ণগী প্রতাপ উবদা পদ্মাক্ষর নিংথৌ ওকপ্রহনা, কর্ণ য়েংহনা হঙঙরই; বীরপুরুষ নহাকপু ইন্দ্র যম বরুন অগ্নি বায়ু করম্বা লাহনা মায়া তৌহনা, ইচাগী সয়ম্বরগীদমক লাকপীবনো। মহাশয় নহাক্তি পবিত্র তাকপীয়, পদ্মাক্ষর মকুগী য়াহায় অসি তাবদা, কর্ণনা দোলাইদগী কুমথরগা ভক্তি তৌহনা হায়রক। ইকু মহারাজা পুক্রিংদা চিংনবীগম্ব, ননাইগী পরিচয় হায়জগে ঐগী হৌরিং কর্ণ কৌই, ইপান্না আঙ্গিরথনি প্ররতরামনা ঐগী ওবালি, হস্তিনাগী ধৃতরাষ্ট্রনা ঐবু অঙ্গদেশগী নিংথৌ শিন্দুনা, পাজরি। হৌজিক্তি ইকুমহাজাগী লৈবাক্তা য়েঙনবা কনাঅমকা, য়েংশিন্নকপা ওম্মরোই, ননাই কর্ণ লৈজরে। পদ্মাক্ষরনা কর্ণবু মুখচুম্বোল তৌহনা মচাপা মমাক্তা॥ অন্তঃপুরদা পুশিনথরে। মচা মমাই ককাদা শিন্নহনা কর্ণগী সেবা তৌহনখি, মতৌ অনুয়া অহিং লেপ্লে নোংঙাল্লবদা যজ্ঞ লিংখৎতুনা, বিবাহদান লাতিঙ। পদ্মাক্ষরনা পদ্মাবতী মচাগী অউনপোং দাস দাসী শগোল শামু মনিরত্ন আভরন; চামা চামানা থুজিং ওরনো তম্মী। কর্ণ মকুনিংথৌদগী বিদায় নিরে, পদ্মাবতী পিতা মাতা খুম্নজহনা বিদায় লৌজরগা, দাস দাসী লোইনহনা যাত্রা তৌরক্লে।

কর্ণ মরৈবাক য়ৌরকহুনা পদ্মাবতীবু পাতেশ্বরী হাপলগা, প্রজা সাসন তৌহনা পাল্লি। অসিগুম্বা পদ্মাবতী সভাগী স্বয়ম্বরগী কথা অসি, অমুতগী মশক্তি শ্রীব্যাসদেবনা লেঙঙমলবা আদিপর্বগী য়ারাবু তোল্লবা শ্রীহরিগী মনাইনা মীতৈ ইমালোন্দা ইজরি, অসোইবা কয়া য়াওরবসু বৈষ্ণব সমাজনা ভাক্তিপিগনি মিংঙ্গৈ। ইতি।

---

## অধ্যায় ঃ—

## কর্ণনা রাশজুন দান তৌখিবা কর্ণ দাতা হায়না কাওখিবগী

### বারী মতাং।

সৌতিনা হায়রৈ তাবিয়ু শৌনকাঙ্কিংবা মুনি পুমনক, মহাভারত বারিবা পরিক্ষিতকী মচা জন্মেজয় নিংথৌনা হংজখী। মুনিদেব ইবুধৌ কর্ণনা পাল্লকপা সাসলা রাশক ভাকপদগী; মচা কাওবদা দান তৌখিবগী বারী লিবীয়, অজনিডিও। বারী লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় তারো মহারাজা; নংনা হওওকলবনিনা কর্ণগী বারী মতাং অসিদা; হান্না চিঞ্চংতুনা কর্ণ বিজয়গী বারী লিহ্রগে তারো। কর্ণনা রথ তোংতুনা লিকং অমা পায়রগা, উত্তর বিজয় চংলি ভারতবর্ষদা লৈবা অতোনবা জাংশিংবু, ক্ষেত্রি নিংথৌশিংগী মথুগী লৌথোক্তুনা; মতিকচানা শেমগংতুনা চাওখংকল্লি। বৈশ্য শূদ্র হরিজনশিং, ক্ষেত্রি নিংথৌশিংনা মিনাইগুমনা শিজিন্নচনা নমথরম্বা অতু; জাতিগী থৌকম থোকপা মথৌশিং তৌহল্লবমু, মতিকচাবা মরম কর্ণনা কংহনখি।

জাতি অতোনবা নিংথৌশিংগী কোড, ক্ষেত্রিশিংদগী লৌথোকতুনা; কর্ণনা লৌখংলকই। মতৌ অসুম্না কর্ণনা জাতি অতোনবশিঙ্গি, সাসন ফজনা শিংথংখি কর্ণগী মগুণনা, পৃথী শিনথুংনা কাওখি। অতোনবা প্রজাশিঙ্গি সাসন চহি অমা চুপ্না; শেমগংলকপদা লৌইমহন কর্ণনা পাল্লকপসি, মরন্দমু অন্নাংপা লৈত্রে। কর্ণ পরশুরাম গুরুনা তাকপিরকপা পাওতাকা, তির্থ স্নাননা পাপ শেংদোকুনি, সত্য ভাকপনা ধর্ম্ম তানগনি। দানগী ফলনা অপোকপা পিতা মাতা মশক খওওকনি; অপোকপী মমাগী থৌজাল্গী অতুগী মতমদা, শ্রীকৃষ্ণগী চরন কগনি। অসিগুম্বা গুরুগী পাওতাকপু, পুক্নি চুপপা ভাকপনা ঐগী ধর্ম্ম ওইরগে হায়না, লেপ্তুনা কর্ণ থাং চিক্তুনা রাশকখি। রাশকপা ভাক্ষগী হৌবা দান নোংমগী লাইরবা ব্রাহ্মণ অমা ভূজোন তৌরগা, ব্রাহ্মণগী কিরোট অমা গোংবা দক্ষিনা কোন্নলা, মণবী মথোম সুন্দরী মচুন' মোংলাম অরাংবা অমা, মগা লোয়ননা দান মিতিগী তৌই। অদুগী মথক্তা কাল ওকাল নাইদনা মীতনব মিবনদি, দান হেক কংপা অসিনা কর্ণগী অরেপপা নিতিনি। অসুমঃ কর্ণনা দাম তৌরকপদা। সৌভগ্য কৌবা ব্রাহ্মণ অহল অমা, ব্রহ্ম ভূজন কংতুনা মনবী দান তৌই। ব্রাহ্মণ অদু হরাওনা মণবী মমা মগা পুত্তনা মরমদা হল্লকপা ব্রাহ্মণীদা হায়, পৃয়ে কর্ণ ইচানা পিরকপা মণবীগী শকোয়া, মিতিগী কুকদা ক্ষির কংসি; কর্ণ ইচাগীসু মজোল ওহনবা। ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণ মচানু লৈজদে, মণবী বনাও অদু গর্ভগী মচা ওয়া লুনা তৌজে। তকপগা নাসবগা শক্তিক কাপরগা, মণবী সেবাদ' থরাই রাওনা হোংবৈ নিতিগী কুকদা ক্ষির কংলি। অসুম লৈরকপনা তরাম্নিরেম গুরকপদা মোংমেদি মণবী মমা মচানু, মৌরি কোমলবদগী নাহোকখিহুনা শকোলদগী চেলথে। কর্ণগী কোক্সু রৌরকতুনা শকোলদা ওওরগা, মণয়াম মরক্তা তিক্লে।

থুমিং অচুগী মোংঙোম্বংপদা কর্ণনা সুদেব কৌবা ব্রাহ্মণ নহা ওইরগ তৌবা অমা ব্রহ্মভুজোন তৌরগা, যণবী দান তৌগদবগী যণবী পুরকউ হায়না য়াথং পিরকই। গোষ্টদগী গোপশিংনা কবাজি থৌরি হুরগা চিংথোক্লকুনা; কর্ণনা দান তৌখিবদা যণবী অচু মশক থওদহুনা, গুরিদাংদা চেন্নকপা যণবী মমা মচাহু কথোকখ্রে। অসোমদা সৌভদ্র ব্রাহ্মণদু থৌরাংণীগা পাত্র কেংদোক্লগা শজোম ওম্মুরসি হায়হুনা শজোলদা চঙুকই। অরাংবী যণী মচা লৈরমগ্রে যণ লৈত্রবদা, ব্রাহ্মণী ব্রাহ্মণদু মাংলে যণ হুখ্রেদনা, ইপাগী ইবেম্মা য়োংমান অরাংবী মং লৈত্রবদি, ইপাদি কৃষ্ণ সেবা ওথত্রেদনা অহুম তেংথারগা কপলে। ব্রাহ্মণনা কপ্পা তাবদা লৈকাইগী মী চংনরকুনা থগ্রবদা, থৌরি হুকতোক্লগা চংখিবগী থৌরি কোজোই ইলাও লাওনা ভাহুনা লৈথৌরিবা। মঙং উবদা হায়রকই। অজ্ঞাখোইগী যণসি হুখিবা নত্তে, কোজোই হুক্তোকুনা চংখিবনি য়েংবিথো অসুরাইদা লৈত্রবদি হায়গী যণক্ম তাম্না চেন্নমগনি, য়েংবিক শোইদনা লৈরমগনি। ময়ামগী য়ঃ তারবদা ব্রাহ্মণ অহন্দু, লিচৈ অমা পায়রগা ব্রাহ্মণী ঐ যণ থিরুথিগে হায়বমলগা চংখ্রে

যণগী থোঙ্গুল তাথ্রিবা মতুং ইন্না থিরকপদা; কর্ণগী কোপুংলোমদা চেনখিবগী থোঙ্গুল ফংলহুনা, ব্রাহ্মণ কর্ণগী থাম য়েীরগে হায়না লাকই। ওসি দান লৌরকইবা সুদেব ব্রাহ্মণদু যণবীহু চিংহুনা লাক্লে, লাপগীউৈদগী সৌভদ্র ব্রাহ্মণ অহন্না উবে। সৌভদ্রনা থল্লি ঐগী যণবী অসি হুরানবনা চিংহুনা পুরে, সত্য থজনি হুরামবা নিপাসি ফুদেক্লগেদো। ব্রাহ্মণ ইল্লিবা কিহু থাংদা কম্না য়েংশিল্লে, লিচৈ মক্ক পানবহ্ পায়রগা শোয়োক বনম্তাদা হায়থহুনা, চরাইশাবী মরক্তা পাকথহুনা লৈরে। সুদেব ব্রাহ্মণনা মপাহু যৌরকপদ', ফিংখ্রবা অহন্দু ফুংি ল্লকতুনা ব্রাহ্মণগী কপলাক্লং; লিচৈমরুনা তিঙথত্তুনা কম্নগা লৈকাইশা যণ হুরানবা ফারে হায়না লাওরকই সুদেবহু প্রান চাকথ্রহুনা ব্রাহ্মণ অহনবু মখাংদা কোন্দুমা থুদোংচিঙথংলগা। শোয়োক লৈয়াংদা থাদরে। ব্রাহ্মণ অনিহু নম্নহুনা পংয়েদা য়েনবে; অতাবা মীয়াম চেনশিল্লকতুনা ত্র ক্রণ অনিবু থাইদোক্লহুনা থাম্মগা, ব্রাহ্মণ অনি করিগী য়েনখীবনো ওঙুকই। ব্রাহ্মণ অহন্না হায়রকই ঐগী যণবী অসি ওসি অহিং শঙ্গোম্লগী হুখিবনি, ঐনা তাঙরকপদগী অসিদা চিংহুনা চংলমহুনা ঐনা ফারিবনি; থাদোকউ হুরানবসি হাংকে। মীয়াম্না হায়রকই অজ্ঞা সুদেবা নহাকপু, লাইরিক লাইশু কনা হৈবদাই, যণ হুরালবরনে। সুদেবনা হায় কদাইদগী অহল অডাওবনো? কর্ণ নিংথৌনা দান কংলকতুনা, যণ পুঙনা লাকপা ঐবু, সনা লুপা মানচাং রুং তৌগদবগী লুমহুনা লৈরম্মগা, ঐবু য়েথুরিবনি ভাকুসি হাংকে থামগদু, ব্রাহ্মণ অনিগী মতৌ উবদা। মীয়ামনা অচুম খরান থংজ্রহুনা, থাদোকনরবদি শিনবা ংারে, কর্ণগী সভাদা পুথংলসি থম্নহুনা, মীয়াম্না যণগা ব্রাহ্মণ অনিগা, পুথংলক্রে কর্ণ রাজগী সভাদা মীয়াম্না শিন্নরে, ব্রাহ্মণ অনিগী মতৌঙ উবদা কর্ণনা ভক্তি কংলগা, আসন থাহুনা ফমহল্লি। অজ্ঞা অনিনা তৌনরুকইবা অসি করিগীনো? সুদেবনা হায় মহারাজামা দান পিবা যণ অসি, পুহুনা চংলিঙৈদা ঐবু হুরানবা ফারে হায়হুনা, য়েরিবনি। কর্ণনা হায়রকই অজ্ঞা অহন্দি করিগী সুদেব অজ্ঞা য়েক্লরিবা? সৌভদ্রনা

হায় কর্ণ যণবী অসি, মহান মংনা ঐভোঙ্গা দান কংপা, যণবী অহুম্নি। ঙসি নোংঙাম্নকপদা মঙ্গা থৌরাম্লিগা, শজোম শুমগে চঙ্ক্‌বদা লৈরমত্রে।

যণগী থোঙ্‌ল লিহুনা তাম্নক পদা মানা চিংহুনা পুম্নমগী কাবনি, সৌভদ্র ব্রাহ্মণগী রা তাবদা কর্ণ গুরুহুনা। গোপশিং কৌরে। যণগী লৈথোন য়েংনবদা জ্ঞান লৈবা গোপ অহলশিংনা হায়রে, মহারাজ যণবী অসি চুপ্পী মহান মমাংদা। অজ্ঞা অহল অসিদা কংথিবা যণবী অহুমি। কর্ণনা হায়রে গুরুদেবগী যণদি থৌরি য়াওথিবরা? সৌভদ্রনা হায় কর্ণ থৌরিদি হুক্তোকতুনা থনম্মী, থৌরিদি য়াওথিদে। কর্ণনা হায় অজ্ঞাগীদি শোইররোই, অজ্ঞানা থৌরি কোম্বদগী হুক্তোকতুনা চেক্লকপনা, যণয়াম মরক্তা ভিঙবদগী থংত্রহুনা লাইগী নোংদমদগী মসিমক, পুথোরকতুনা অজ্ঞা সুদেবদা, কংথ্রবনি। মরম অসিনা অজ্ঞা অনিমক মুঙাইনদবা তৌবিরমু, এনা শোইথ্রে যণবী অনি অনি কচ্চরগে। সৌভদ্রনা হাইরকই কর্ণ থংহৌদ্রহুনা শোইথ্রবনি হায়রবদি, এগী অরাংবী অসি পুজথ্রগে মজি যণবী অনি পিবদ্র ঐদি ইচাগ্ন লৈজদে মমা থৌরাণীসু শোল্লে; হোংনবা ঙমজরোই। সুদেবদা অমুক হায় অজ্ঞা যণবী অসি অজ্ঞা অহন্দা পিথ্রসি।

অজ্ঞা সুদেবগী যণবী মঙা কংলগে। সুদেবনা হায় মহারাজা ঙসি ঐবু শোরোক লমজাওদা যণ হুরানব হায়রহুনা, অজ্ঞা অহল্লা য়েথরবনি। যণ অসি অজ্ঞাহল্লা পুথ্রবদি, যণ অসি মীয়াম্না মঙক থঙথরবনি, ঐবু মীয়ামনা হুরানবদা তাহন্থ্রগনি, মাংদি শিবনা হেক্না কথরে যণবী ৫ (মঙা) শামকপে ঙসি ঐভোঙ্গা দান পীবা যাবী অসি পুজথিনি, নত্রবদি ব্রাহ্মণ মচা ঐবু ইকাইবা পিবগী ব্রাহ্মণ হাংপা পাপ কংবিহো? এনা যণ থনমলগা চংচখিগে। যণবী অসি ঙসি কনানা লৌকম থোকপগে, বিচার মুঙ্গা তৌবিয়ু। সুদেবগী রা তাবদা কর্ণনা হায়বকই, অজ্ঞা অহল্লা অমুকতা মুঙ্গা থনবীয়ু। ব্রাহ্মদনা হেক্তা হুরানবা হায়রহুনা ফুরুবা, থজিকত ফিংমল্লি। অজ্ঞানা যণ কোম্বদগী থোকহনবশি, অহুমু যণগী অসি অজ্ঞা সুদেবনা পুথরসমু। মথোম য়াম্না থোকপী যণবী চাজেনবী তরা কংচগে। কর্ণগী বিচার য়াই তারকপদা, সুদেবনা ব্রাহ্মণ অহল মায় থর থকমল্লি হায়রমলগা, যণ পুহুনা চংথরে। সৌভদ্র ব্রাহ্মণ মৈ হৌবগুম শাওগরহুনা অকনবা য়াহৈনা হায়বকই, হে কর্ণ ঙসি ঐবু ইকাইবা পিরগা সুদেববু চুমহন্দুনা অহন য়াকপ্‌ লানহনবা, অতগী দোষনা, হয়েং লানফমদা অত্তুয়ার লেপ্পরক্লবদা; মংমা তম্মকপা বিদাঙ্ক ত্রোম ওইহুনা, ওম তৈননা শিজ্জিন্নহুনা য়েক্লবগী মখুত্তা লেপম্না শিয়ু। অশুম্না শাপ তৌরমলগা সৌভদ্র ব্রাহ্মণ, মুঙাইতনা মযুমদা হনখি। লাইবক খিবদগী কর্ণ যণগী দানগী হাকথকতা ব্রহ্ম শাপ ফওঙী, ব্রাহ্মণা শাপান্তক অমুক শীথীরে।

জন্মেজয় নিংথৌনা হায়রকই মহামুনি, ইবুংগো কর্ণগী অক্ষয় কবচ কমদৌনা শৌথোকথিবগে? শিজিবিয়ু। বৈশম্পায়ন মুনিনা হায় ত'রো মহারাজ শোংমা কৃষ্ণগী লিলা খংবা নারদ ঋষিনা, কর্ণসি অক্ষয় কবচ লৌথোকত্রবদি জগতা লাম্না য়াগরোই। কৃষ্ণগী লিলা কায়রগনি খন্দুনা, ইন্দ্রলোকা লাকই দেন্দ সভাদ্বয় নারদ থুঙঙরে। ইন্দ্রনা নারদবু খুকমদুনা হায়রে, খবী জগংকী ঈ-পাও করী

তাবিজকপগে ভবীরগ, । ইন্দ্রগী বা 'তারবদা ৱাবিনা হায়রকই । দেবরাজ থুবিংকী মচা কর্ণগা, মচা অর্জুনগা, বিদ্যা পরিক্ষা থুমিত্তা অত্তাই রাশরক্লবা । হাংকে হায়না লেপনগ্রে । ব্যাসাদি কৃপাচার্য্যনা সুত মচাগা চন্দ্রবংশ মচাগা পাবা য়াদে 'হায়না খায়দুনা তৌহনত্রে মত্তম অদুদা দুর্য্যধননা কর্ণবু লৌশিন্নুনা অর্জুনগী লাবাগীদমক, অঙ্গদেশগী নিংথৌ হাপ্পত্ত্রু । নোংমদি শোইদনা লাম্বা তৌনরবা তারি. কর্ণদি পোকপদগী লোইনরকপা অক্ষয় কবচ লৈতেতিভ, মচা অর্জুন অসি কর্ণগী মথুংনা শোইবা তারে । মচাগী কনগে হায়রবদি কর্ণদগী অক্ষয় কবচ নিহুনা লৌথোকহৌরু; হৌজিক কর্ণ রাশক্তুনা দান তৌরিবনি, য়াকম অসি তাকে লাকপনি হায়রমলগা । নারদা হনখি । নারদগী পাও তাবদা ইন্দ্র মচাবু কয়নবা, কর্ণগী থুরিং নিহুনা লৌথোক্লগে খন্দুনা; পৃথীদা কুমক্লে । ইন্দ্র মায়া তৌহুনা অহল ওইরবা ব্রাহ্মণ শারগ,, কর্ণগী কোন্নুংদা থুঙলরে । ব্রাহ্মণ অহন লেংশিনকইবত্থু উবদা, ভক্তি কৎলগা আসন থাহুনা পূজা কৎলগা, খুৎ লোয়হুনা করি দান কচ্চৌ হায়বগে, হঙৎলি । ব্রাহ্মণ শারিবা ইন্দ্রনা হায়রকই, বৈকর্ত্তন এনা য়াম্না পামলবা পোৎ অমা, নত্তোন্দা লৈরে ।

পোৎ অদু ইপানা নত্তোন্দা নিগে লাকপনি, কর্ণনা হায়ঞ্জ নিবিয়ু কচ্চগ গুরুদেব । মায়া ব্রাহ্মণনা হায়রকই কর্ণ মং ঐনা নিবা পিগনি হায়না হায়া রাশকথো ? কোয়া নিগে কর্ণনা সত্যনা শাক্তি নিবীয়ু কচ্চগে । ব্রাহ্মণনা হায় মহারাজ নহাক্তি পোকপদগী লোইনরক্লবা; অক্ষয় কবচ কিরিটি কুণ্ডল অদু লৌথোক্তুনা, ইপাদা পিয়ো শায়না নিরে । ব্রাহ্মণগী য়া তাবদা কর্ণ তু-চুংবগা লোইননা হায়ক্লে, গুরুদেব অক্ষয় কবচদি খুৎলাই ভারবনি, লাইনিংবা ব্রাহ্মণা করিগী নিরিবনো ? ব্রাহ্মণনা হায় কর্ণ মথোইবুদি ঐখোই লাইনিংবনা হেয়া কায়বা মরম লৈ, বন্দা লাইনিংবদা তুমিং, কাণ্ড, তরিং, শা, কৈ, কিংগ্রক জিব কয়া কয়নবা নিবনি । গুরুদেব ঐগী হকচা দা উন শা ওহনা পকথ্রবা কপচ লৈ হায়বসি কনানা তাক্তুনা নিবিরিবনো ? কর্ণ ইপাম্না ধ্যান্দা উহুনা নিরবনি । ফরে অত্তা ব্রাহ্মণগীবু কায়গনি হায়রবদি, ননাই রাশকথরে লেপনা কচ্চরগে অমুক্তা ভাইবিথো হায়রগা, কর্ণ ছুরি পাইরগা থৌরিদগী হৌনা থবাক হকচাং থুংনা য়াংলে । পাম্বোর অনি য়াংথায়রে, অদুগা থবাকগী কিজিন অনিত্থু কক্লগা মথুৎ অনিনা পাইহুনা, শ্রেং শ্রেং শেত্তুনা উনশা থোক্তুনা হকতোক্লগ' । থুপচিন্নি হকচাংদু ঈনা পুমলুপ লুপথরে, মন্ত্র শোয়লগা শিং শিং নামবদা ঈথকথরে, নুহুপ নাইম লৌথাক্লে, পাত্র অমদা দক্ষিনাগা কোয়না ! হাপই । কর্ণ জ্ঞান লৈবা নিপানিমা, ব্রাহ্মণ ওইরম্মোই কনাগুম্বা মায়া ওয়মগনি থন্দুনা । হায়রকই । গুরুদেব কয়বা গোত্রদা পোকপা নাম,করি কৌবগে তাকপিয়ু ? মাম গোত্র খংলগা কৎচগে, অদুনা ননাইগী সোফল ওইগনি । মায়া ব্রাহ্মণনা হায় কর্ণ রাজ ঐ অসি কাশ্যপ গোত্রদা পোকই, ইমিংনা সুরেন্দ্রাচার্য্য কৌই । য়া অসি তাবদা কর্ণ গোত্র নামগী অর্থ তৌবদা ইন্দ্রনা মায়া তৌরকপনি হায়বা খংল্লে । কর্ণ হায়রকই ব্রাহ্মণবু মায়ানি হায়বা খংজরে, পাণ্ডবকী অর্জুনগা ঐগা রণ ভূমিদা অত্তায় রাশকনথরে । মরম অদুদগী মচাগী উপায় তৌনিংদুনা, ইন্দ্রদেবনা মায়া তৌহুনা ব্রাহ্মণ শারগা । নিরবনি । দান পাত্র ব্রাহ্মণদি ঐগীদি রাশক তাকপনা থর্বনি , ব্রাহ্মণ

মাল কৎপগী শ্রীহরিনা পেনখীসনু, কচ্চবগে। বাসি হায়রগা কা´দণ্ডবত তৌদুনা, অক্ষয় কবচ কিরিটি কুণ্ডল, দান কৎলে। ইন্দ্র দানত্ত লৌরগা কর্ণগী মাংদা ইকাইবনা লেপ্পা ভত্রদুনা। মায়া কায়রগা ইন্দ্র দেবগী মূর্ত্তি লেপ্লুনা। হায়রকই। হে কর্ণ নঙ্গি সত্যবাদি ওইবগী পরিক্ষা যেঙ্গে তৌবনি, নঙ্গি বাপক ভাকপগী নগুণ পৃথীবীদা নঙ্গুম্বা মীদি অতাংবনি; ইন্দ্র ঐ পেল্লে। অক্ষয় কবচদি নংনা দান তৌর বনিম ঐ লৌখ্রগে; অতুগা লাই. মী, যক্ষ, গন্ধর্ব্ব, দানব ওইসনু; লেপনা জয় তৌবা ঙম্বা থুংলাই অমা ঐনা পিরগে। বা অসি হায়রগা ইন্দ্রনা হা-একাঘ্নি হায়না অস্ত্রমলক কৌরকই, থুথক অস্ত্রদা ইন্দ্রপকতগী একাঘ্নি পাইবত্রুন, ইন্দ্রনী মথুত্তাথুংদরে। একাঘ্নি কর্ণগী মথুক্তা হাপলে ইন্দ্রনা হায়, কর্ণ ঐগী একাঘ্নি হায়বা অসি তুনখ্রবদা মা ওইসনু লাই ওইসনু, লেপন কোয়খরগদবনি। তেন্দোংদা অম্তুম হান্দুমা পুবা হাগনি, থারমদাহ কাংদা চপ চাবা শক্তি ওইরক্কনি, মাসি নং লৌজরো, অমসুং নেগী বরদগী মতম অমদা লেপনা, নমাগী কৃপা ফংবা পইদ্বে, …গনিক্কি ঐথক্লগে হাপবমদগা, কবচ কিরিটি কুণ্ডল পুদুনা, ইন্দ্র চনখি। মতাং অসি য়ৌরকপদা রাবী ভারিব জগ্গেজধনা হায়জৈ। মুনিদেব ইবুধো কর্ণনা মচা বৃষকেতুবু বাপক ভাবপদগী দান তৌখি হায়ব। শারীব লিখাখো।

বেশম্পায়ন মুনিনা হায় তারো মহারাজ ঐ পিরকনগে. কর্ণ পত্নীবতী গর্ভদা মচানিপা অনি নুপী অমা পোকই। মচানিপা অহন্না বৃষসেন কৌই মচানুপা মরাইদা পোকপীবা মমিং বিমলা, কৌই; অতোপ্পা মচানিপা অতুনা বৃষকেতু কৌই কর্ণগী জন্মকাষ্ঠীগী মিং বসুসেন কৌবা, "ব" গী শব্দ লৌদুনা মচাগী মমিং থোনবনি, মচা নুপী বিমলা কৌবান. ভোজ বংশগী; জয়সেন নিংথৌদা থাজে। বৃষকেতু মচা অতোনবনা চহি ৫ শুবকপা মতমদা, শ্রীহরিনা কর্ণগী পরিক্ষ যেংলগে নিংদুনা, অহন ওইরবা সং-ব্রাহ্মণ অমা শারগা। শত্র দণ্ড কমণ্ডলু লৌইনদুনা, কর্ণগী কোনুংদ থুঙ্গরে। বৃদ্ধ ব্রাহ্মণ লেঙডকপা উবদা কর্ণ চেম্মোক্রক্কুন; ব্রাহ্মণগী খোং শোক্না দণ্ডবত ভক্তিনা থুক্কমজৈ। ব্রাহ্মণগী রত্ন আসন থাই; ধুপ পত্র লৈ বত্তি চন্দন লোইনন পূজা কৎলি; পদ্মাবতী বাণীগা মাংদা খুং লোম্নদুনা নোল্লুক্না হঙ্গৎচৈ গুরুদেব লেংবিরকপবু করি সেবা কচ্চগদংগ ভাকপীয়ু? ব্রাহ্মণনা হায়রকই কর্ণ রাজা ঙসি ঐবু চাক চরা অমতং পেল্লা পিজো। ঐনা চানিংবা ইস্তাং অহু, পেন্নবা নঙোন্দা নিদুনা চাক্করগে হায়রদুনা লাক্লবনি, ঐবু অমুক্তা পেনহন্নু ব্রহ্ম ভুজনগী পুনা কংজু। কর্ণনা হায়রজৈ গুরুদেব করি বেঞ্জণ হাবিনিংবগে ভাকপীয়ু? ননাগ লেপনা কৎচগে। ব্রাহ্মণনা হায়বকই মহারাজ ঐনা চানিংবত্ত পিজনি হায়রবদি হান্না বাপকউ, ঐ কোয়া নিগে! কর্ণনা হাযজৈ গুরুদেব নিরবা দাম অহু লেপ্প কৎকনি হায়বা অসি. ঐগী হান্না লেরব রাংশ ন ভাকপিবু? কচ্চগে। মায়া ব্রাহ্মণনা হায়বকই. কর্ণ নঙ্গি হান্না বাপক লৈববসু, ঐগা ইমাংদা অমুক্তং ঐনা নিরকপা অহু, লেপ্প পিজনি হান্না বাপকথো অতুগা নিগে। কর্ণনা হায়রজৈ হে ব্রাহ্মণ ঐনা ফ লোইদবা লৈতবা পোথি হায়বিনু? অবৈবা পোংশক ওরবদি লেপনা কৎচগে। ব্রাহ্মণা হায় কর্ণ কডেডাইদবা লৈতবা পোত্তি নিরোই; অবৈবা পোংনি ঐনা চানিঙ্গভিবসি, মংনা বাপকত্রবা ঐ নিরয়োই চৎলগে।

কর্ণ ৱাজা ব্রাহ্মণনা নিদনা চৎথ্রবদি ঐগী দানগী সত্য কাইখৎনি খন্দুনা। হায়রকই মুনিদেব ঐনা কচ্চগে হায়রবনি, থাজবিত্রমাল্লে ৱাশকচরগে হে সত্য-দিবা-ৱাত্রি পৃথী অকাশনা শাক্ষি ওয়রখরসনু। অরৈবা পোৎ ওইরবদি কর্ণ ঐ লেপনা কচ্চগে, হেক কৎত্রবা মুমিৎ থানা পাল্লিবমখৈ যমগী বাক্তনা কৎখরগে। কর্ণগী ৱাশক তারবদা ব্রাহ্মণনা হায়রকই, মহারাজ হৌশিক্তি নিরগে। মহাক্কী নচানিপা অতোনবা বৃষকেতু অহু, পদ্মাবতীগা নঙ্গা নথুত্তা পাং হোরাই পাইহনা, কাগুপ লেপ্পগা লরাই লেক্ক্দগী হৌনা থাইবোক তানা নোক্রা নোক্রা, থাইরগা, পদ্মাবতীনা শেমলগা নংনা থোংহনা, কৎশু ঐ চাগে। ব্রাহ্মণগী ৱাহৈ অসি তাবদা, কর্ণ পদ্মাবতী অনিহু সনজিহনা ননবগা, মায়না ৱাখরে। কর্ণনা ড়কখরহনা হায়রৈ গুরুদেব, ব্রাহ্মণনবু নরমাংস চাগে হায়বসিদি করি ৱানো? ব্রাহ্মনগী ধর্ম্ম নত্তে করম্বা বক্ষশগী ময়ানো, শেংনা হায়য়ু।

ব্রাহ্মণনা হায়রকই মহারাজ ঐ হিংচাবা নত্তে, করিগুম্বা মৱম অমদগী নর মাংস চাগে হায়না, ৱাশকথরে। মরম অহনা জাতি ধর্ম্ম ড়াকলিতৈদা ৱাশক কাইবগী, পিতৃলক নরক য়েংবা তারে, ৱাশক ড়াক্লগা পিতৃলক উদ্ধার তৌনবগীদমক, চাগদৌরিবনি। মরম অহুদগী সত্যবাদি ওইবা, কর্ণ মঙ্গি নক্ষমদা নিরগা, ব্রহ্ম বংশ অমা নরক্লগী কনবা ড়মগনি, হায়হনা মিরিবনি। কর্ণ নংনা ৱাশক ড়াকপগী ধর্ম্ম, ব্রহ্ম বংস অমা নরক্লগী কনবগী ধর্ম্ম, অনি অসি ফগুণ্ডু। ব্রাহ্মণ ঐবু অমুক্তা পেনহল্লু। ব্রাহ্মণগী ৱাহৈ অসি তাবদা কর্ণ মচা মু'শিবদগী ৱাশক কাইগদবগী শককপুদি ৱাশক ড়াকলগা ব্রাহ্মণবু পেনহন-বনা। শ্রীকৃষ্ণ পৃতি ওইরনি মচাবু কৎলগে লেপখি। কর্ণনা হায়রৈ গুরুদেব ব্রাহ্মণবু, হচা অসি চারগা পেনগনি হায়রবদি, ৱাশক ড়াক্লনা ব্রাহ্মণগী মক্ষমদা, কৎলগনি পোখাবিয়ু। ননাই য়াখোই অনুক্তা হোৎনখিগে ব অসি হায়বগা কর্ণ পদ্মাবতী লোইনহনা কোঙ্গং মঙ্গংদা চঙখিহনা কর্ণনা পদ্মাবতী য়েংলগা হায়কই ... নিপা ... হৈবগী ধর্ম্ম ৱাশক ড়াকপনি, মুপা ওইবগী ধর্ম্ম থগুরোইবগী য়াথং ড়াকপন ... অথোইবনি। ... ইচা বৃষকেতু মুংশিবগী প্রেম্নু খাংলগা, ধর্ম্ম ড়াক্লবগীদমক নোক্রা নোরা খুত্তা হোরাই পায়রগ, ইচাগী হকচাংবু থাইরগা শেমহনা? ব্রাহ্মণদা কৎলাস। পদ্মাবতীনা ... প্রাননাথ ননাই মুপাদি, সতীহ ধর্ম্মবু পামজবানি, মহারাজগী য়াথংবু ড়াকচবনা, ঐগী ধর্ম্ম ওয়ংরে। অহুবু হচাবু করম্বা হোবাইনা থাইহনা, ইথুংনা শেমহনা কৎকদগে, হচাগী মহুত্তা ঐনা শিজখিবনা ..., ... অমুক্তা হায়জখিগে পদ্মাবতী ৱাশি হায়রমলগা, ব্রাহ্মণগী মক্ষমদা থোরক্লনা খুরুমজরগা, নোঙ্গুরা হায়জরকই।

গুরুদেব ননাই ইচাগী মহুত্তা ননাহ ঐগা দেহে অসি চাবিয়ু। মচাগী মহুৎতি মমানা শিনবা ৱাহ হায়রবসি, বেদগী নিয়োমদহু কাইদে। ইচা অসি হিংগ্রহৌবসনু, পদ্মাবতীগা ৱা তারগা ব্রাহ্মণনা হায়রকই, ৱাণী নঙ্গি লিরবা হকচাং অহু ঐ চানিংদে, নৌবিবা নচাগী দেহে অহুবু চানিংঙি। নখোই নচা মুংশিবগী কৎনিংত্রবদি ঐ চৎলগে, ৱাশক কাইবগা পাপ অমসুং ব্রাহ্মণ এবু অৱাবা পিবগী পাপ অসি, ৱাজ ৱাণী নবড়ানি ফংহৌরো হায়রগা, ব্রাহ্মণ শাওনা হৌগৎখবে। ব্রাহ্মণনা চৎথিগদৌরবহু

উবদা, কর্ণ চেনখোক্লরুনা ব্রাহ্মণগী থোং পায়রুনা হায়রক্নে, গুরুদেব য়ারোবিগনু মুপী ওইবগী মচাগী প্রেম্না হায়রুবনি। ননাইগী রাশক কাইহনবিগনু লেপনা ইচা কচ্চগনি, ব্রাহ্মননা হায়রকই কর্ণ ঐবু পেনহনগে হায়রবদি থিংগনু। ঐ য়াম্না লামলে পিজনিংঙ্গা চৎলগে।

কর্ণনা হায়রক্নে গুরুদেব চহাক্তা পোথাবিয়ু ননাই কাংজরগে, ব্রাহ্মণনা হায় কর্ণ থিল্লে, নচাহু পুংথাক্লগা ইমাংদা নবঙানি হোরাই পাইদুনা থাইয়ু। নম্বিৎতা নপী তারবা ঐ চারোই, নোক্লুনা থাম্বগদবনি কর্ণনা পদ্মাবতীদা হায়রকই. রাণী ব্রাহ্মণগী পেংনবা থিল্লে ইচা লৌরুরো, ঐ হোরাই লৌরুথিগে। পদ্মাবতী মপুরোইবগী য়াথং ফঙনবদা, কোক্তা ব্রজ তাবগা মান্নথরুনা,- অন্তঃপুরদা চতথরে। বৃষকেতু মচাবু চেংনা কোল্লগা, মিংলুদগী পীনা গঙ্গা ঈহৌরকপগুম শিন্দুরকপনা, মচাগী হক্চাং কাওবা চোংলে। হুম্না হম্না মচাগী লাইপক্তা চুপলগা হিক হিক লাওনা কপই। মমাগী মতৌ উবদা বৈষ্ণব ওইনা পোক্লবা, বৃষকেতু চহি মঙাদা ডাইরিবা অঙাং অদুনা, জ্ঞান তানা হায়রকই। ইমা গুসি ঐবু চেংনা কোল্লগা ঈশানা রাদি ডাংদনা; থমোই শোক্না কপইবা করিগীনো ?

পদ্মাবতীনা হায়রকই প্রানপুত্র "ইমা ইচাগী লাইবক থিবনা" গুসি তমথিরবা ব্রাহ্মণ অমা লাক্লগা, নাপাবুংবু হান্না রাশকংল্লগা দান নিরকই। হৌজিক ইচাবু নপাবুঙা ইমাগানা নোক্না নোক্না হোরাইনা থাইরগা শেমদুনা পোঙচ চাগনি হায়দুনা নিরক্লে। নপাবুংনা রাশক ভাক্লবগী ইচাবু লৌরু. ব্রাহ্মণা কংকনি হায়না য়াথং পিরক্লে, মরম অসিনা ঈমাগী থমোই অসি কাইসদৌরে। মমাগী রাহৈ অসি তাবদা বৃষকেতু. মমা রাবা চেনখুনি গন্দুনা মোমোন নোক্লুনা, হায়জরকই। ইমা অদুগীদমক রাক্লরিবা করিগীনো ? নচা ঐগী লাইবক ফবমি, পঞ্চভুতনা শাবা দেহে শিবগা অরেম্বদা মাংহৌগদবা অসিবু, ব্রাহ্মণনা চাবিগে হায়রিবা অসিবু কেন্না ফবা অমা লৈররোই। ঈমানা নচা হুংশিবিবগী রারীবত্ত, ব্রাহ্মণনা চাত্রবম্নু ঐগী পুক্নিনা তেগ্লমলবদি শোইদনা শগনি, ইচানি, হুংশি হায়দুনা ঈমা ইপানা কনবা য়ারোই। জীবনা ঐগী ঐগীনি হায়দুনা মুংশিনরিবা অসিদি অবেম্বা মায়াগী সম্বন্ধনি হায়বদায়। শিরগদি কনা অমত্তা মরি লৈনদে, মানা মানা তৌজব থবক্তি অকনা ময়ুবা মহৈ অদুনা. মাং থাবগা জিবনা তুং ইন্দুনা চ থরগদবনি। মাওয়বগী মপোক ফংলরিবা জিবদি সাধুসঙ্গ তৌহোত্রবদি মমাগী অমৃত নামগী লমন শাম্বা, শিংবা চমদহনা জিবনা শিরগ, যমগী যাতনা কঙিও হায়রি। পিতৃ মাত্রিগী ঝনদি ঙরগী অগোবা শমম্নি; শিংদোক্লমত্রবদি যমগী পুং কৌবা নরক তগী, শাস্ত্রোকপা য়াদে হায়রি। মরম শতনা (পুং নবক ত্রায়তে পুত্র) মচা পোকপগা মচা অদুনা ধর্ম্ম কাইত্রবা হরি ভক্তি লৈরবদি. পিতৃলকপুং পুং নরকতগী লানথী হায়দুনা, মচাবু পুত্র কৌবনি হায়রি।

ঐগীদি ইনাইবক ফবা ব্রাহ্মণনা চাবিগে হায়রি, ঈমাগী ঈপাগী ধর্ম্ম ভাক্লবগীদমক ঐগী থরাই হক্চাং কংথোকচথরবদি, কৃষ্ণগী চরণ কডজরবনি। নচাবু ঈমা ইপাগী লমন শিংদোকপা লোই-জরগে, নচাবু হুংশিরিবদি সংসারগী মায়াদগী ইচাবু লাম্মোকপিরে হায়না। ব্রাহ্মণগী পেন্নবা

নোক্লা নোক্লা হোরাইনা খায়রগা , শেমহনা নিংথিনা থোঙহ্ন। অদুগা ব্রাহ্মণবু পেন্নবা কংলগা পিজৌ, অহ্ ওয়রবদি ঈমা ইপাগীসু সত্য ভাক্লগা ব্রাহ্মণবু পেথহনবগী ধর্ম্মনা অম্ভ কান্দা লেপনা শ্রীহরিগী ধাম কজনি। কণকনু ঈমা ইপানিংথৌবা ভায়রমর্গনি, চংলসি হায়বগা মমাগী ফিজি পায়রগা মাংখাহনা মমাবু চিংলগা, ব্রাহ্মণগী মাং তান্না লাকই। বৃষকেতু মমাবু খাদোক্লগা, ব্রাহ্মণগী চরন্দা খুরুমজরগা হায়জৈ, গুরুদেব ননাইবু চারগা পেনবীয়ু, ব্রাহ্মণনা চানবীহনা অদুগী কান্দা, কৃষ্ণগী চরণ কংবা পীনবীয়ু। ব্রাহ্মণনা নামবীহনা হায়, ইগুদি নংনা মিংথরিবা বরহ্, ভসিমক লেপ্পা কংজৌ ! ব্রাহ্মণগী বর কংলখদা বৃষকেতু কর্ণ মপাবু খুরুমজৈ. পাখুং মহারাজ ব্রাহ্মণা শাওহ্রবদি মরু কংনা মাংগনি, নচাবু থুনা হোরাই থাবিয়ো হায়রগা, ফিগী আসন অমা থাহনা কয়ে।

মমাই নোংপোক ওংগা থোঙ্গাই চন্দুনা, মিং অনি চেঙ্গেং উইশিনগা হৃদি পদ্ম আসন্দা, শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তিবু লিংথংলগা চরন অনিবু পুক্লিংনা চেংনা কোন্দুনা লৈখরে। কর্ণ পদ্মাবতী অনিনা কাগুপ লেপলগা, হোয়াই পায়হনা মচাগী লরাই লেম্ফ্ুদগী হৌনা, নোক্লা নোক্ল জর জব থাইথরক্লে। হরি মাগী কৃপানা বৃষকেতু অহ্ অনাবগী ভাব থংহন্দনা লেংদনা অহুম লৈহনখি। সর্গগী লাইয়াম্না অতিয়া অরাংবদগী লৈ চাইথখরে, অপসরানা জগোই শাথি গন্ধর্ব্বনা পুং খৈ, কিন্নরনা ঈশৈ শকই, অতিয়াদা পুম্নিম নিনখি। থায়বোক তাংনা থাইরগা মতুপ মতুপ কল্লগা, পাত্র অমদা হাপলগা পুশিনখিহনা রাণীনা শেম্মী। কর্ণনা স্নান তৌরগা চাক থোংবা হৌখ্রে, শেম্মিবা পদ্মাবতী মচাগী প্রেম্না থমোইদ কাইগদোয়ে। মচাগী কোক তংথাই অনি অহ্ নপশিল্লরগা মাহবু য়েংলগা অরাবা, পোথাগদবোই থল্হনা ফিনা য়োম্মগা, থমাজনহোরে, অষ্টেনা লোইনা ,শেম্মগা কর্ণদা লানশিনখি, কর্ণনা থোংবা"লোইরগা ব্রাহ্মণদা হজংখি। গুরুদেব লেংশিনবীরকপা য়ারগনি লোয়জবে, ব্রাহ্মণনা হায়রকই কর্ণ নচাগী কোক্তি, রানীনা লোংতুনা থমহোরে। ঐদি বৃষকেতুগী কোক অহ্ অম্বাল চানিংবাম, নথোইনা পামহনা থাকহৌরবনিনা, ঐদি চাররোই চংলগে হায়রগা শাওনা হৌগংতুনা থোকখ্র। ব্রাহ্মণগী অশাওবহ্ উবদা, কর্ণ রাগ্রহনা ব্রাহ্মণগী থোং পাইহনা হায়জৈ, হে- ব্রাহ্মণ ঐদি কোক য়াওদে হায়বা থংজদে, ইচাগী কোক্ত অম্বোল তৌজগে ভাইবিথো হায়হনা থামই। কর্ণনা হা-পদ্মাবতী থোক্লকউ হায়না কৌরকই; পদ্মাবতী চেম্বোকচরকই কর্ণনা পৃয়ে নংদি কবি মত্তৌনো ! ইচাগী কোক থাকহৌবমাল্লে। ব্রাহ্মণনা শাওহনা চাররোই হায়রে, মাংবা তারে হৌজিকমক পুথোকললকউ, পদ্মাবতী চেনশিনখিহনা মচাগী কোক্তু লোপোকউরগা , কর্ণদা লানসিল্লি। কর্ণ কোক অত্ন অমুক অম্বোল শেম্বা লোইয়গা হায়জৈ, গুরুদেব লোয়জবে ফংবিগা য়ারগনি।

ব্রাহ্মণনা হায়রকই কর্ণ রাজ, নচা বৃষকেতুগী লেংদা মশকত্ত চপমানবা মিপামচা অমত্তা লৌরুরগা ঐঙোন্দা পিয়ু, মাগা ঐপা চামিংগে কর্ণ থিজরুথিগে হায়হনা চংথরে, চংথা চংনা থল্লি ব্রাহ্মণ অসি ওম্বোক্লা চক্রি তৌইদা, হে বিধি ওম্বোকপনি। হৌজিকপু কদাইদগী ইচাগা মশক

মায়বা থিরুগনি খল্লুনা, অশুম থিরকপনা রাজাবাজার য়েৌয়ক্লে। সোমদা বাহ্মণ শারিবা শ্রীকৃষ্ণনা বৃষকেতু অহ অমুক সেম্বীয়গা হিংহন্দুনা বাজারগী মমাক্তা থম্বীরে, কৃষ্ণগী ইশাদগী বৃষকেতু অহুম ঐ শিকরবনি হায়বা খংহন্দে' অয়ুক্তগী রায়বগী ভাবতা অহুম খনহল্লি, কর্ণ মপা লাকপা উবদা প্রপ-প্রপ চেনশিল্লক্তুনা, বৃষকেতু মপাবু খুকন্দ্রী। পাবুং মহারাজ ইমায়বগা শায়বদা মুংডাইহুনা অমুম লৈবদগী থোদোকখ্রমাল্লে পাবুংনা থিবিরক্লে, ঈমানা চাক লোইহৌরবরা ? কর্ণ মচা বৃষকেতু লৈরম্বহু উবদা ঙকখরহুনা, মচাবু পম্মগা পুরকই। ব্রাহ্মণগী মকম য়োরকপদা ঙশাই থোংঙম্বা চাকসু এঙ্গাংসু অমত্তা লৈরমল্লে। কর্ণ মচাবু থারগা থম্বী ঙকখরহুনা ব্রাহ্মণবু চিংনা য়েংই। বৃষকেতু চেনশিনখিহুনা ইমা চাক লাপ্শে লোয়রবরা হায়রুরে ?

পদ্মাবতী মচা বৃষকেতুবু চেক্কেং কোল্লগা; ইচাদি ঙসাইমখৈ কদোমদা লৈরুই, ঈমা ঙসাই অয়ুক অঙনবদগী ইমায়বগা বাজারদা শায়হনা লৈরুবে। পদ্মাবতা, মচাবু ফংবা মচাগী য়াঙাং তাবঙ্গা মক্তি মতৌগুম ওইরহুনা মচাবু পম্মগা ব্রাহ্মণগী নাক্তা লাকচরে। কর্ণ পদ্মাবতী অনিমক নোংথোংবগুম কপলগা। লৈপাক্তা ওম্বোইহুনা লৈশি লৈথোনজরগা হায়জ্রে। ঙসি ব্রাহ্মণ শাহুনা লেংবৌরকইবা হে-প্রভু'করম্বা লাইনো মুত্তিমা লেপ্লিয়ু। কর্ণ পদ্মাবতীগী ভক্তিদা পেল্লহনা ব্রাহ্মণগী মশক থাদোক্লগা চতুর্ভুজ রূপ শঙ্খ চক্র গদা পদ্ম থোনবা কৌস্তভ মনি রাজনা. কক্ষদা লৈত্তেংবা। শ্রীবৎসলা ক্তন ওইবা সনা কিগেং থোনবা মনি কিবিটি কুণ্ডলনা ঝলমল ওইবা, নবঘন শ্যাম বর্ন্না ঙাল্লিবা জগৎকি মপু, শ্রীনরায়নগী মুত্তিনা ঙানবীরে। কর্ণ পদ্মাবতী শুদ্ধ গঙ্গাজলনা চরণ শেংজরে চরনামৃত পাম থোক্তজরে, মরম প্রচারগা ঘিগী বর্ত্তী চমলগা লৈ পত্রগা লোয়ননা পূজা কংচরে। শ্রীহরিনা তাকপীরকই বর্ণ নহাক্কা রাশক কনবা নচা ফাওবা দান কংথোকপা ঙম্বসি মীওইবা মংপাক্তদি লৈরম্বরোই। ঐগী বরদগী নমা মশক খংজবা ওইম্ন, পৃথীবীদা নঙ্গি যশ কির্ত্তিনা দাতা কর্ণ হায়না ফাওরসু বৃষকেতু নচা অসি বৈষ্ণব ওইগনি, চিরায়ু ওইরসু অমুন্না বর পিরমগা' শ্রীহরি অন্তর্ধ্যান ওয়থরে। কর্ণগী মিংচংনা দাতা কর্ণ হায়না ফাওখি, অসিগুম্বা নবুধৌ কর্ণগী দান, বৈষ্ণব বৈষ্ণবীগী কথা অসিবু পুক্লিং চংনা তাজরবদি, মহারাজ নিংথৌ জন্মেজয়, দেহেগী ড়োগ কোকলগনি। অন্তর্গী কান্দা মায়াগী নদী লাইনা নাম্বোকতুনা হরি ধাম ফঙ্গনি, নংনা হডডকপা মতুংইন্না ঐনা নবুধৌ কর্ণগী য়ারী হান্না চিংখৎতুনা লিরবনি। অম্বন্না বৈশম্পায়ননা লিখি। অসিগুম্বা মহাভারতকী আদি পর্ব্বগী য়ারী অসিবু পৌরানিক পরিষদকি থৌদা মতুংইন্না মীতৈ ইমালোন্দা পাংথবা শ্রীঅমুথোম্বা সিংহনাইজবা মতাং অসিদা, অরানবা কন্না য়াওরবসু বৈষ্ণব সমাজনা ঙাকপীগনি। হরি হরি হরি।

শ্রীনিংথৌজম অমুথোম্বা সিংহ য়ারী লিবা পণ্ডিতকী শরুকলোইরে।

———

## অধ্যায় ঃ—

## হস্তিনা যুবরাজ পদবীগী থন্নবা ভীমনা ব[illegible]নগী লৈবাক্তগী আভরণ লৌরুবা অমসুং কৌমুদকী গদা ফংবগী

### ৱারী মতাং।

অধ্যায় অসিদগী শ্রীইরোম তোম্বোন সিংহ ওঝাগী ইবিথরকপা; ৱারী লৈরেং শরুক হৌরে নৈমিষা রন্যদা পুরান তাব্রিবা শৌনকাচিংবা মুনি ময়াম্না হাঙরকই। হে স্থতগী মচা সৌতি, হস্তিনাগী যুবরাজ যুধিষ্ঠীরনা ওয়বগী ৱারী অদু ঐখোয়না তানিংই লিরো? সৌতিনা হায়জে তাবিয়ু ব্রহ্ম সভা, ভারত লিরিবা বৈশম্পায়ন মুনিগী মফমদা, জন্মেজয় নিংথৌনা হায়জে। মুনিদেব যুধিষ্ঠীর ইবুংথৌনা যুবরাজ ওইরকপগী ৱারী তাজরগে, মথংশিংনা লিবীয়ু। বৈশম্পায়ননা হায় তারো মহারাজ; হস্তিনা লৈবাক্তা চামগা মডাগা থুংকন পাঙল্লকপা বিদ্যাদস্য মতিক চারকপা, মতাং অসিদা, হস্তিনা প্রজানা মুংশিবসি চামদগী মডানা হেল্লি; প্রজা পুন্নমক্তা থবৈ পাণ্ডুরাজ লৈখিদবদগী যুবরাজ হাংদুনা লৈরি। যুধিষ্ঠীর অহন্না যুবরাজ ওইরবদি, লৈপাক মরা তপনা পানগনি, ধর্ম্ম লৈ মযুক তপই বেব্যহার ফজ্জে, মনাওশিংনস্য থুংকলপাঙল্লি ডম্না ভক্তি লৈ। অমুন্না তরা ত্তিল্লে থবৈ মডাদা তিল্লে থবৈ রাকম অসি হস্তিনা পুন্নমক নিন্নরক্লে। প্রজানা থন্নরকপা রাকম অসি দুর্য্যধন্না তারকলদুনা, নোংমা অন্তস্পুরদা চঙভুনা মপা নিংথৌবু থুরুম্মগা, হায়জে তাবীয়ু পাবু মহারাজা হস্তিনা প্রজানা, পাণ্ডব মডাবু পুংশিবনা দাদা যুধিষ্ঠীরবু যুবরাজ ওইহনিংবগী, রাকম অমা থন্নরক্লে। নোংমদি শোয়দনা দরবারদা পুথোক্লরক্লগনি, মডাদি ঐগী য়েকনবনি, যুবরাজ পদবীবু লৌখ্রবদি, নচা ঐখোয়না কাম্বথাং তাদুনা লৈংহৌরগনি, প্রজা কনা অমতনস্য উশিংখবরোই। মরম অসিনা নচাবু চাওনবা শেগ্নীয়ু, যুবরাজ পদবী নচা দুর্য্যধন ঐডোম্বা চাপ্পীবো। মচাগী ৱা তারবদা ধৃতারাষ্ট্র-না হায় দুর্য্যধন নংবু ইচানি মুংশি হায়দুনা, ইপানা হেক হাপপা য়াদে নদুথৌ পুরেন বাহ্লিক, সোনদত্ত অমসুং ভীষ্ম, আচার্য্য গুরু লৈরি; প্রজা পাত্র মন্ত্রি অমক্তি শোইদনা থন্নরখিনি। নংনা ওইবা য়ানবা মচিন চংপা পাত্র মন্ত্রি থরা মিচং খোমহৌ, নংদি ভক্তিনা প্রেমনা মী ফাবা হৈবোইদবনিনা লন থওা তিউভসন্য, নঙ্গি মামা শৌকনিগা তানৌ। অন্ধরাজগী ৱা তারবদা দুর্য্যধন চংখিদুনা, শৌকনিগা তানদুনা মচিন চংপা পাত্র মন্ত্রিশিংদা! লন য়েস্থোক্তুনা মিচং খোম্না হৌখি। নোংমদি হস্তিনা গ্রাম ১৫গী মচিন চংপা গ্রাম থুদিংগী লুচিংবা মী কয়ামক্লম লাক্লুনা, দরবারদা হঙংখি। হস্তিনা লৈবাকি যুবরাজ হাংবসি মুঙভাইক্রে। যুধিষ্ঠীর ইবুঙেভাহন্দ যুবরাজ হাপপীরো হায়না, অন্ধরাজগী মফমদা প্রজাগী ৱা অসি হঙংনরে। প্রজাগী খোল্লাও অসি তাবদা অন্ধরাজনা হায়রকই, অহন্নমন পাত্র মন্ত্রি নব রত্ন তাবীয়ু প্রজানা লাওরকইবা রাকমসী চুম্মী। নহানমথৈ ইচা চামা মডা

অসি, মনিং থুংনা মহৈ তমজখিশন্থ হায়দুনা, যুবরাজ হাপ্তবনি। হৌজিক্কি মহৈ তমন্থ লোইজরে, সাসনগী ভার হাপচিনবা য়াগনি। অদুবু ঐনা নিঙ্জবদি ইচা চাবা মতা অসি, তেদাতেদী লৈজদে অহন নহাস্থ খাইজরোই, প্রজানা পান্দ্রদা যুবরাজ হেক্তা হাপকে অমুক্তা খল্লবিয়ু।

অন্ধরাজগী য়াহৈ অসি তাবদা বান্ধণ বৈষ্ণব অহল লমনশিংনা হায়রকই, কৈ মহারাজগী য়াকম অসি অহুবু ঐখোইগীদি, খ্বাইগী অহনা যুবরাজ ওইবা পান্মী। মতাং অসিদা দুর্য্যধননা য়াচৎনা পাত্র মন্ত্রি মথেনা হায়রকই, চুম্মী ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনা তাকপিরিবা নিংথৌগী মগানা যুবরাজ ওইবা মিখিনি, চামাগীসু অহন দুর্য্যধন্দা যুবরাজ হাপ্নীয়ু। অহল-লমনা হায়রিবদি যুধিষ্ঠীরবুনি, অদুবু পাত্র মন্ত্রিশিংনা শেমজিন্দুনা চানতগী অহল দুর্য্যধন্দা তাশিল্লিবা। য়াকম অসি তাবদা পেন্নদে! দরবার চোম্না পৈরিবা প্রজা পেন্দ্রবা মীয়াম্না হায়রকই, পিতৃ সোতোস্থ ওইবা মচা ইথুক্তো পুন্নমক্তিস্থ অহল ওইবা যুধিষ্টীরদা হাপপীয়ু প্রজা ঐখোইনা পামজে। দরবারদা যুবরাজগী থন্নবা য়াকমদা, নাকপাক তানদুনা য়েৎনরকপসি, প্রজা মীয়াম্না যুধিষ্টীরদা, শেল চাবা অত্বেশিংনা দুর্য্যধন্দা। য়ায় তাবা ওমদ্রে। বৈশম্পায়ন্না হায়রকই হে- জন্মেজয়, লাইগী নোংদমবু কনানা খওবা ওমগনি, তাক্তা অতুমকদা ইন্দ্রপস্থ প্রামগী, প্রজা কয়ামকুম দরবারদা থুডগরে।

অন্ধরাজগী মফমদা থুরুমজদুনা হায়জে, মহারাজা ঐখোইগী ইন্দ্রপ্রস্থ প্রামগী মরাইদা, ইন্দিবর কৌবা চীঙদোং অমা লৈরীবসিগী চীঙথক্তা, খোংনাং বোট অমা হৌরিবা অসিনা, মশা কন্দোক্লকপা উরাং মরা চংথোক্লকপনা। চীঙখোংদা তাবা ইংখোল কয়াশোক্লে। মাগী উক্লা মুমিংকী তেজ কংদলুনা অহল অশোন অনা লৈবা ওমজে। পাণ্ডু রাজা লৈথিদবদগী ঐখোয়গী গ্রাম মতা অসি, নপু লৈতবগুন্না শেমগৎ শাগৎপগী মরমদা হেংশিনর্দবা খরা য়াৎপদগী লম্বী থোংগী মবমদস্থ য়ান্না থুদোং থিরে। মবম অসিনা খোংনাং অসি পোথোকপীরগা, চীঙদোং অসি তেমখোকপীয়ু। অদুম তৌরবদি ইংখোল লৈজদবা লায়রবা কয়াগী, ইংখোল ফংহনবীবা চিঙখোংদা তাবা প্রজা ঐখোইগীস্থ অরাবা কোকনি। মরম অসি পাংথোকপীনবা মহারাজগী চরন্দা, প্রার্থনা তৌজরি। অন্ধরাজ অহু যুবরাজগী থন্নবা রায় তানবা ওমজিন্দৈদা প্রজাগী য়াকমঅসিবস্থ খন্নদবা য়াত্রবা য়াকমনি, অনিসী পুন্না ভীষ্মদা লান্থোক্লগা ওসিমক রায় তাহল্লগে, নিংঙক্লুনা হায়রকই। ওসিগী যুবরাজগী য়াকমনে ইন্দিবরগী য়াকমনে অনিসি মব্রথোনা রায় তাবিযু হায়না ভীষ্মদা লান্থোক্লে। মতম অদুদা ভীষ্মনা খল্লি যুবরাজগী খন্নরিবসী মিচং শঙ্গন নাংনরে অহনদি লাইগী য়ারেন্দা মরাইবক য়েংহল্লগে লৈপাকীস্থ কুপ্নৈ ওইরনী। ভীষ্ম রাখল তৌবা লাইবঙনা কমকমদগী হৌগৎলক্লগা, হংয়দোক্লে ইচা নিংথৌ তারো দরবারগী মীয়ামস্থ তাবো। যুবরাজগী খন্নবদা মিচং লাকপাক তারে অদুনা অহন নহা খাইদ্রবা লাইগী য়ারেন্দা মরাইবক য়েংনরসন্থ। হয়েজি অযুক পুং নিপাল তাবদা ইন্দিবর চীঙখোঙদা থুডগা ইও চামা মতাগী কুপৈ য়েংওসি। ধংবিদ্যাগী শক্তিনা থুকাপ অমদা খোংনাং কক্বপা ওপা নিপাদা

ইচায়াইবা পাণ্ডুগী চাকথুং গ্রামভা অসি গ্রাম ২মনা ওইনা পিবা। গদা শাইহুনা চৈরৈ মতারক্তা ইন্দ্ৰিষর চিত্ত কারহনবা ভস্মা নিপাদা গ্রাম ৩ পিবা।

যুবরাজ পদবী অমগুনা পুন্না ওমজরে, ভস্মা নিপানা ফংবা অমমননা ওয়রে ২ অদুনা থংনা থংনা যুবরাজ ওইহনসি। বিদুর ইচা মন্ত্রীনা অক্ষোহিনি অমা পুরগা; গ্রামবাসিশিংগা ওসিচত্তুনা হয়েঙ্গি কুম্মৈ য়েংকম শেম্মুরো; থবক অনিমক হয়েং পাংথোকহৌরসি। হয়েং কুম্মৈ য়েংলিংবা য়েংসনু ওসি প্রজা পুম্নমক; শগোল প্যাও চেত্তোকুনা লোইনা তাহল্লু। ভীমনা অসুম্না মায় তারগা হজিন্দুনা কয়খ্রে, ভীমগী ধর্ম বিচার অসি তাবদা মলিং থুংনরমদবা মীয়াম পেন্নখ্রে। মমুংদা লম্বাওংনা রাচংলুবা দুর্য্যাধন, সৌকনিবু ইঙ্গিং ত্তৈরম্পগা দরবার মপান্দা থোকখরে, শৌকনিমু তুং ইনথি। মীয়ামা থরৈ, কুমল্লনা তৌবা থোকখ্রিবনি, করি অমুক হায়রগবা থরগৌই। দুর্য্যাধন শৌকনি মপান্দা কপিল্লরে, শৌকনিনা হায় দুর্যধন মামাবু কৌথোকপদি করি হায়নিংবা লৈবগে? দুর্য্যাধন্না হায়রকই। মামা হয়েঙ্গি যুববাজ অসি কনানা ফঙ্গনি অমুক্তা তাকপিযু মামাগী বুদ্ধি য়েংজগে?

শৌকনিনা হায় ইবুঙোহন মামাদি অন্তর্য্যামিমক্তি মখো, মাত্তুদি মরাইবক ফংবা নিপানা কংথিগদবনি, অরেপ্পা হায়বদি মামা ওমদে। দুর্য্যাধন্না মামাবু শিংই হায়বসি ঐথোয়না হেনবা মফমসু ময়াওবোইরে। শৌকনিনা হায় ইবুঙোহন নৌনা মচিন তুমথংলমইবা হমাক্তি অমুক্তা হায়ু? মামা তাগে। দুর্য্যাধন্না হায় মামা ঐদি থত্তিত্ত, হয়েঙ্গি কুম্মৈ অসি খোনাং ককপনা আর্জুননা ওমগনি। চীত্ত থুগায়বগী মতাংদনা ভীমনা ওমগনি, মথোইগীদী মচিন মনাও ফজনবনিনা, ময়াম্বদা কথোক্তুনা যুবরাজদি দাদাইবুঙো যুধিষ্টীরনা ওইখিনি। পাণ্ডব মণ্ডা অসিদি মীন ওমনদবা। থবক মথোয়না ওমদবা লৈত্রে মশাদা লাইচুবগুমা লৈরবনি; মাসি শোইথোই মামা শৌকনিনা হায় মাত্ত ইমাকপু নরাইবক লৈরবদি ভস্মা য়াইনা; মরাইবক লৈবনা ওমখিবদি ওমজাথসমু মামাগ' করি থৗরসি হায়বগে। করি য়ানো মামা, ঐদি লন কয়া তিংনা যুবরাজ পাম্বদগী রাচংলুবে হলকউ হায়বস্থ য়াররোই। ইবুধোগী ধর্ম বিচারদা ঐদি মাংজরে করম্বা উপায় তৌরগা মতাদগী মুন্দুনা যুবরাজ ঐনা ওইহৌবা য়াগদগে তাকপিযু? ইমাকহন অত্তবু হায়রবদি হয়ে' পাণ্ডব মণ্ডা তোক্লে ইমাক্লা যুববাজ ওইবনি, মামাদা পাক্তা বুদ্ধি অমা লৈরে শোয়বরোই। দুর্য্যাধননা মামা মাত্ত তাকপীযু, কমদৌরগা মতাবু তোকহল্লগা এনা ফংবা য়াগদৌরিবমো। শৌকনিনা হায় মাত্ত মামা হায়গে, হৌজিক ইমাক্লা চ'লগা নবুধৌদা, ইবাই ইবুঙোদা হজংলু। বাইহেদি হয়েংগি ইন্দ্রিষর গী ঐথোঃ চাম মতানা; যুবরাজ পদবী লাইবক য়েংনগদৌরিবা অসি লৈবাক মীয়ামনা য়েংবখ্রা ফজনবা রাজাবেশ চপ মাননদা লেজ্জগে। পুং ৮ দা চপ মাননদা থংম্মিনবা, থেংখ্রদা লাকপ্পা মী কুম্মৈ য়েংহন্দবা। কুম্মৈ শারগদৌরিবা ঐথোয়না থেঙ্গওকলবদি। ওজ্জনগী য়াথং থওইদবগী দমক থেত্তওকপা নিপা অত্ত কুম্মৈ য়াওহন্দুবা মিরম অসি চেকশিননবগীদমক ইবুধোনা তাবিবা

পামজৈ। অম্সুম্না হন্জংলু ভীষ্মগী তাম্রবা নিয়মদি, কাইবা য়ারোই অহু ওইরবদি পাণ্ডব মচাদি রাজ বেস লৈজদবনি; হয়েঙ্গি কুম্মৈ য়াওবা য়ারোই। পাণ্ডবপু য়াওদ্রবদি নখোই চাম্মানা চংলগা খোংনাং ফুকতোক্লো? চীঙ খুগাইরো যুবরাজ ইমাক্লা ওয়রত্রদে। শৌকনিগী কুমত্রনাগী য়াহৈ তাবদা, দুর্য্যোধন মুঙচাইদ্রহনা মনঙ্গদগী ইম্নফি শৌকনিদা খারে, পানা খুদপ ৫ গু লালশিল্লি। লেংসিন্নসি মামা হায়রহনা, দুর্য্যোধনমা মাং থাহনা শৌকনিনা পানা চখোম চাওনা, দরবারদা চঙডক্লুনা শৌকনি ফমখ্রে। দুর্য্যোধন মবুথৌ খুরুম্মগা হায়জৈ, ইবুথৌ হয়েঙ্গি যুবরাজ ফম তাম্নবগী কুম্মৈ অসি, ঐখোই রাজবেশ মান্নবা শেৎচগে। অহুগা ঐখোই:চামা মচাগী মপুংদগী, মানদনা য়েম্নিংহনা রাইহনা শেংলকপা নিপা অহু গুরুজনগী গুণ মরেং তাবনি কুম্মৈ য়াওহন্দবা; অমগুং পুং ৮ দা চপ মান্নবা থুংনবা কুম্মৈ য়েঙ্গদবা প্রজানা থেঙঙক্লগা য়েংহন্দবা। কুম্মৈ শান্নগদৌরিবা চামা মচাদগী ওইরগা কুম্মৈ লোইরিফাওবা শগাই মথক্তা দগী তৌহনা খম্বা। অসিগুম্বা নিয়ম অসি চেকশিন্নবগীদমক ইবুধৌনা তাবিবা পামজৈ অম্সুম্না দুর্য্যোধননা হন্জংলি। দুর্য্যোধনগী য়াহৈ অসি তাবদা মখোই চামা মচা য়ানহনা লেপনরকপা ওইরবোই নিংহনা, ভীষ্মনা হোগৎহনা দুর্য্যোধনগী য়াফম অহু মাগ্নাম তানবা। লাওখোকথরে। অসিগী তুংদা শগোল তোংহনা নিপা ৫০ মা, হস্তিনা পাণ্ড চেনখবে দেশ লোন্নবা নিংখৌশিং নিমন্ত্রণ তৌথরে বিদুর মন্ত্রিনা অক্ষৌহিনি অমগা খুম্ন খুংলাই পুহনা, গ্রামবাসিশিঙ্গা লোইনহনা চংখিবনা চিঙখোং অকোইবদা তাবিবা য়ুমশিংগী মান চাং থৈদোক্লুনা চেকপন লাংখোং তেমশিন্নগা শংশোং শাহনা, মীয়ামগী কুম্মৈ য়েংফম শেমহনা লৈখি। হস্তিনা দরবারদগী কুম্নবকপদা মীয়াম্না মুঙচাইনা চংনখি; দুর্য্যোধন শৌকনি কর্ণ শৌবল দুশাসন মনাওশিংগা, মুঙচাইনহনা চাক চানখি। পাণ্ডব মচাদি শৌকনি দুর্য্যোধন মন্ত্রনা তৌরুবগী য়াফম্নু, ভীষ্মনা হায়দোকখিবা অহুগী য়াবনা মথুম য়ৌরকপা ফাওবা রাজবেশ লৈজদবদগী চিন্তাগী পোংলুম পুহনা য়ৌরক্লে। মচানা মাইখোং মকশিন্না লাকইবহু উবদা কুন্তীনা হায়রকই। ইচাশা ওসি দরবারদগী কুম্নকপদা নমাই মকশিন্না নক লুক্লগা য়া ডাংদনা লাকপম্ন করম্না য়াজা দগী ফঙঙকপা লৈরবগে ইমাদা তম্? হে পাণ্ডব মচামক, কুন্তী মাবু খুরুম্মগা মচা মচানা হায়জৈ, ঈমা ওসি দরবারদা যুবরাজগীদমক থম্নবদা। ইবুধৌনা ইন্দিবর চীঙগী খোংনাং ককপা ওম্না চীঙ থুগাইবা ওম্নদা, যুবরাজ পিগনি হায়রি। হয়েঙ্গি পুং ৮ তাবদগী, কুম্মৈ হোগনি হায়না লেপনরে। অহুদগী শৌকনি দুর্য্যোধন মন্ত্রনা তৌনরুম্নগা, ইবুধৌদা হঙ্গংলি। হয়েং চামা মচা য়াকথোইনা, যুবরাজ ফম তাম্নবগী লাইথক চায়েংনবগী, কুম্মৈ অসিদা! রাজবেশ চপ মান্নবা শেৎচগে ফিজম শেংপা য়াদবা রাইহনা শেংপা য়াদবা, নিয়ম অসি কাইরকপা অহু, কুম্মৈ য়াওহন্দবা য়াফম অসিনি, মাহুবু ইবুধৌনা য়ায় তাখ্রে। নচা ঐখোইনা পিতৃ সত গ্রাম মচা ফংহনা, যুবরাজ পদবী লৌজরগা ইমাগী সেবা ওম্নগত্রা. নিংবনি অহুবু লায়রবা রাজবেশ লৈজদবনা, হয়েংগী কুম্মৈ য়াওবা য়াদহনা হস্তিনাদা, নচা মচা মীথাপোম্না লৈগদৌরি।

ময়ম অসিনা ঈমা নচা মচাগী থমোই অসি পুবা ওমদ্রে ঈমা, মচাগী য়া তাবদা কুন্তী থমোইদি কাইগদৌরে। অহুবু মচা মচা য়াবা হেনথরনি থন্দুনা অয়াবা উগন্দনা হায়রকই, ঈচাশা

করিগী রাকরিবগে। লৈজদবগী ফিজম শেংলগা অহুম চংলু লমলানবা নত্তে, নপল মহারাজনা মবুধোনবু করিগী রাওহন্দগবনো। যুধিষ্ঠীরনা হায়রকই ঈমা দুর্য্যধন ইনাও অসি, থমোই কল্লি। ইবুধোদি হায়দোকখিবা রাথং কায়বা রাদবনি, নচা মঙাবু ফিজম শেংলগা চংলুরবদি। কুন্দ্রে লোইত্রিকাওবা, মীরাম মমাংদা শগাই মথক্তা পাং তিংহুনা। দতী ফংবা ভারে নচা মঙাদি ইপা লৈভবা মিচং রাৎপদগী, তৌবনি প্রজানদি ঐবু মুংশিবিহুনা যুবরাজ হাপপীয়ু? হায়জবদা, ইপল মহারাজনা ইনাও দুর্য্যধনদা হাপলিংবদগী; পাত্র মন্ত্রিশিংনা ইনাওগী মিচংদা লেপথিহুনা রেংনবদগী রাই তাবা ওমনত্রহুনা ইবুধোনা লাইবক রেংনবদা .ত্রাবিখিবনি।

অহুবু মামাগী কুমন্ত্রনাদগী ঐথোইবু রাওহন্দনবা। দুর্য্যধন্না হকংথিবনি ইবুধোনা রাথল তৌবীহোদহুনা হায়দোকখিবনা নচা ৫ গী লাইবক থিবদা। দবা তাহৌবনি। রাকম অসি হায়নরগা থমোইদদি রামনখিবনা অমগা অমগা রা ওাংনদনা তুমিন তুমিন লৈনথরে। কুন্তী সন্ধ্যাভোজন লোইরগা হুমিদাঙ্গি চাক থোংবা লোয়রহুনা, কৃষ্ণদা কংলগা পরিবেসন লোইরহুনা ইচাশা কওসি হায়রকই। পাণ্ডব মঙা মমাগা চাবা থকপা লোইরগা, মাগী মাগী শয্যাদা হিপনখ্রে কোক্তা মোনগা তাইনথিবদগী, পাণ্ডব মঙা তুমথখি। কুন্তী ফমহুনা রাথল তৌবদগী অরাবগী ঈথক হোরকুনা, মওন মওন খল্লি। হয়েং ইচা মঙানা মমান্নবা মীরক ভিনবা ওমদহুনা, কপুনা লৈবহু ঐনা কমদোনা য়েংহুনা লৈগনি। বিদ্যাদা মপাঙ্গল্দা মীথোই মীহেন্না লৈরগা ঐনা বিধবা লাইবক থাবী ওন্নবদগী, ইচাশিংবু ফিজেং থোনবা ওমদহুন', মমমান্নবগী মীথা পোন্দুনা লৈবসিবু, ইমিংনা য়েংহুনা লৈগদবগী শরুকপুদি, ঐমক্তা গঙ্গাদা চোংথহুনা থরাঙ্গ থাদোকখ্রগে হায়না সত্তী লেপপকতুনা হোগংলগা মচা মঙাবু য়েংনা য়েংনা বিদায় তৌরমলগা কুন্তী গঙ্গা ভান্না লাক্রে। গঙ্গাবু খুরুম্মী হে- গঙ্গা ঈমা তোঙ্গবী কুন্তী ঐগী শরাই অসি, ঈমাগী গর্ভদা থাদোকচরগে ননাইবু লৌশিনবীরো হায়রগা গঙ্গাদা কুমথরকই। ঈশিংদা ওকশম য়োনা কুমথরগা, শিত্রবা পাণ্ডু মপুরোইবা কোরগা ভেংথাহুনা থোঞ্জেল রাংনা কপলকই। মতম অহুদা নারদ ঋষি অতিয়াদা লাকপদগী, কুন্তীনা কপলকপগী থোঞ্জেল তারহুনা য়েংথরকপদা, কুন্তীনি হায়বা খওভহুনা নারদ হায়থরকই। ঋষি লৈরাই মথক্তা লেপলগা, হা কুন্তী নংনা গঙ্গাদ অত্মাঘাট তৌগদোরিবা করিগীনো? কাথংলকউ পাউ ভমথো। ঐনা হায়বসি য়াগ্রবদি নারদা ঐবু হাংপগী পাপ ওওডু। রা অসি তাবদা কুন্তী কিবদগী কাথংলহুনা নোংপ্সোংবগুম কপলগা, নারদবু খুরুম্মী। কুন্তীনা থোকইবা থোদোক অহুগী রাকম পুন্নমক, ঋষিগী মফমদা তমজে।

কুন্তীগী রাফমহু তাবদা নারদহু, পুক্কিংদা কুওাইতবা নিংকোক নিংকোক ভৌবা রাথল অমা। পুক্কিংদা ফাওরকই। নারদনা হায়রকই কুন্তী নপুরোইবা পাণ্ডুনা, নচা মঙানা শেংনবা আভরন? লাংহুনা থনমত্র:? কুন্তীনা হায়খ্রে দেব ঋষি অহুবু থম্মীরম্মবদি করিগী, অওম থোকদগে। নারদনা হায় কুন্তী নবংডে পাণ্ডুবাজহু জ্ঞান লৈবা বিদ্যাদা চম্মোনবা নিপালি। মাদ্রি মশাঙ্গা শিরনি

খঙহনা লৈরবনি, ইচাশিং অসি ঐনা শিন্নগা কুন্তীনা লুখ্রা ওইহনা য়োকহৌবদা, ইচাশিজি মতিকচাবা রাজবেশ থোনবীবা ঙমলরোই খন্দুনা, অমাং অতা মাইদবা রাজবেশ লাংলগা থনমবা নত্তোন্নদি তাক্লমদনা শিবনা হানখিবা ওইরমহনা, মাদি লাইনা চানবনি লাইগী মখুত্তা থনম। নংলন্ নিদোকখি মচাশিংনন্ন কংদ ভোৌরবদি, তুংদা নায়দা ঐনা খঙহকলগা রায়া হুডাইররোই। মরম অসিনা ঐ চংলগা নবুত্তো পাণ্ডুদা অমুক্তা হংবিরুখিগে। পুংখাই অমগী মমুংদা হল্লক্লনা পাও তম্বীরগে, ডাইরমথো হায়রমলগা ঋষি মমজবা কোবা সিদ্ধিমা যমলকতায়া চংখিহনা, নিমিষ ২—৩ গী মমুংদা যমরাজগী সভাদা থুংই।

নারদবু যমনা খুরুমহনা আসন থাই, নাবদনা অসিদ্য ত্তোরগা ফম্মী। যমনা করি মরমদগী লেংবিরকপমো হঙ্গংলি, মারদা পাণ্ডু উমগে লাকপনি অমুক্তা কৌশিল্ল। যমনা হা- পাণ্ডু হায়না কৌই, পাণ্ডু চঙভ্লনা মারদা যমবু খুরুম্মা, নারদনা পাণ্ডুদা হায় পাণ্ডুরাজা নহাকপু, নচা মঙাগী রাজবেশ লাংহনা থম্বীরমক্রা? পাণ্ডুনা মুনিবু খুকমহনা হায়জৈ, ঋষি ইচা মঙাগী আভরন লাংহনা যরুন কোবা লাইগী মফমদা লিহনা থনমই, অহবু কুন্তীগী মকমদা তাকলমক্রে। নারদনা হায়রকই পাণ্ডু ঐশা লাকইবা অসি হৌজিক কুন্তী অহ গঙ্গাদা লুপ্তুনা শিরজি হাযহনা, নংবু কৌরগা কপ্তুনা লৈরিডেদা শেংনক্লরে। মরমদি নোংডালকপদা পুং ৮ তাবদা, ইন্দ্রিবয় চাঁউ থুগাইবা থোংনাং ককপা কুন্মৈ শায়হনা, ১০০ গা ৫ গা যুবরাজ পদবীগীদমক, মরাইবক য়েংনহনগদৌবি। অতগী মরমদ নচা মঙাবু য়াওহন্দনবা দুর্য্যধন শৌকমি আনহনা, রাজবেশ মায়না শেংকনি। ফিজম শেংশা, অমশুং রাইহনা শেংলবদি. কুন্মৈ য়াওহন্দবা হায়না লেপ্পীযু অমুয়া হায়জিন্দুনা। ভীষ্মনা নিয়ম অতু তাক্রে। মবন শঙনা রাজবেশ লৈজদবনা নচা নঙাদি য়াওদবা তারি, নচা মঙানা কপ্তুনা লৈগদোবা অহবু, য়েংহনা লৈবা ভর্ম্মরোই। ইচাগী ফিজোন অমা অমদং থোনবীবা ভংদবা, লাইবক থিবী ঐদা শিজখ্রগে, অমুয়া লাওঙবনি। হৌজিক ঐনা থামহনা ভহাক্তং লৈরমথো, নবুডেক্তা পাণ্ডুদা হংবী- রুখিগে থুনা হল্লকনি, হায়রমলগা লাকপনি। নংনা থনমমী হায়বা তাবদা ঐ পেল্লে, পাণ্ড অহ ঐনা তম্বীক্লরবনু য়াই অহবু নংনক্লা তাকচৌ ঐ পুবীগে। নচাশিং অহ মশক য়েংনিংগ্রা, নারদগী রা আবদা পাণ্ডুনা হায়জৈ, দেব ঋষি অসিবগা অচংবগা উনবা য়াদবগী তোবমি, মুনিগী থৌজান্দগী ইচা মঙাবু তমুক্তা উজ্রগে। নারদনা যমদা হায়রকই ধর্ম্মরাজ পাণ্ডুবু ঙহাক্তদি থাদোকউ? ঐ অমুক্তা ভর্য্যা পুত্র উয়হল্লুগে, থুনা অমুক পুরক্তে। যমনা হায়বকই মুনিদেব পুবিথো শংকুইদি কুইহনবীরক্তনু, রা অসি তাবদা নারদ যমদগী বিদায় লৌরগা পাণ্ডুবু পুহনা লাকই।

ত্রিকুপ থরগী নমুংদা হস্তিন। গঙ্গাগী থোংবান্দা থুঙতরে, নারদনা হায়রকই কুন্তী নবুডেঙ্গা পাণ্ডু পুবিরকই য়েংজো হায়রগা; অচ বগা অসিবগা উনবা রাত্রিবা নয়াহ, মুনিমা লোথোকপিরে। দেব- মায়া লোথোকখিবদা পাণ্ডু কুন্তী শক শক উনরে। কুন্তী পাণ্ডুবু উবদা চেমশিল্লক্লনা মবুডেঙাগী

মখোং কোল্লগা। নোংখোংবগুম কপনী। কুন্তীগী মতৌ উবদা পাণ্ডুরাজ পৃয়াবু কোনখৎলগা, হন্না হন্না মুখ চুবন তৌরকই। পৃয়ে নংদি ইচা ৫বু য়োকপদা রামন্নহন্না; থন্নাই পাম্মুম্রমাম্লে। হৌজিক্তি চঙসি। ঐ ইচা মচাবু অমুক্তা উখিগে, য়া অসি হায়রদুনা পাণ্ডু কুন্তী নারদ। লাকমিন্নরে। যুধ য়োরক্লবদা পাণ্ডুনা হায়রকই, কুন্তী পরলোক গুইরবা ঐহাক্তি য়ুমদা চংহৈদে। গুমাংদা লৈরগে। ইচা মচাবু হৌদোকউরো মবুক্তেত্তাগী য়াথং কঙভবদা, কুন্তী চঙখিহনা থাওমৈ আসন পুখোললগা, ঋষিগী পাণ্ডুগী আসন থাগ্নরে। কুন্তী মচা মচাবু হৌদোক্লগা মপান্দা পুখোক্লতুনা তাকই, পাণ্ডব মচামক পরলক তানখ্রবা নপাবুং মগাবাঙনি খুরুমজো।

পাংখ মচানা মুনিবু খুরুম্না, নারদনা হায়রকই, হে-পাণ্ডব মচামক নখোইগী অরাবা কোক্র-বশীদমক; লাইরৈপাক্তগী নপাবুংবু ঐনা, পুবিগ্রক্‌পনি খুরুমজো মুনিগী য়াথং ফঙভবদা পাণ্ডব মচানা পিতাবু চিংনা য়েংজরগা চৈন্থ তাবগুম খুরুনজদুনা, নোং খোংবগুমনা কপল্লকই। পাণ্ডুরাজনা মচা মচাবু, মথং মথং চেংনা কোল্লগা, হন্না হন্না চুপই। পাণ্ডব মচা শিখরবা মপাবুংবু উক্লবা ফংবসি মুডাইবগী সমুদ্রদা লুপচরে। মতম অহদা পতি অনমৃতা ওইবা মাদ্রী য়াওরকইবী সতী, মচাগী প্রেম্না হিক হিক কপ্লকই। মাদ্রীনা কপলকপদা পাণ্ডু নিংশিংঙতুনা; হায়রকই মাদ্রী নংদি ঐগী য়াথং চাইহনা লৈরী, মচেম্বু খুরুম্বু। নচাশিংবুমু থৌজান পীবিয়ু, হায়রগা অচংবগা অশিবগা উনজ্রিবা দেব মায়া লৌথোকপীরে। পতি অজ্ঞা কংলবদা মাদ্রী চেনশিনখিহনা কুন্তীগী থোং কোল্লগা খুরুম্মী, কুন্তী মাদ্রীবু উবদা চেংনা কোল্লগা, কপমিন্নথরে। কুন্তীনা হায়রকই লাইবক ফবী হে-মাদ্রী, নংদি নপুরোইবগী সেবা থানদনা থৌগল্লি, লাইবক থীবী ঐদি ইচা মচা য়োকপদা তাব্রিবা দবা অসিনি। লাইরবনা ইচাশিংজি ফিজেং থোনবা ভমত্রহুনা, মমাম্নবা শীরক তিল্লোইদৌরে। নংনা মচা মচাগী; য়াজবেম থোনবীরম্ম্। কুন্তীনা ইচাশা শত শৃঙ্গ চীঙথক্তা নপাবুজি তুংইন্দুনা নোঙ্গাখরবী, নমাতোন মাদ্রীবু খুরুম্মু তায়রকই। মমাগী য়াথং ফংবদা মচা মচানা চেনশিল্লকুন, মাদ্রীগী মাংদা দণ্ডবত তাহুনা খুরুমজখি। মাদ্রীনা মচা নচাবু মথং মথং কোল্লগা হন্না হন্না চুপখি, পাণ্ডব মচানা হংদোক্তুনা মপাবুজি মাংদ, খুউথুদক কুন্দুনা, পিতাগী মাংদা ফমজৈ। মাদ্রীনা নকুল সহদেব য়েংলগা হিক হিক কপই, মাহু উবদা কুন্তী খাংবা ভমত্রহুনা, নকুল সহদেব অনিদা হায়রকই। ইচা ইবুঙ্গো তোম্বা অনিমক মতম অস্নুক কুইবা তাকত্রববু, ঈমানা ইনাওগী মতৌ য়েংবা ভম্মকত্রে। ভসিদি ঈমা তাকথোকলগে। ... লৈশিবা মাদ্রী নথানা নবঙানিবু য়েংলগা কপ্পীবা অহ্ ঐনদি তাকুবা অদদা নবঙানিদা হায়নিংবা য়া হায়বা, ভমদহুনা লৈরে। নখোই অনিবু থা ১০ গর্ভ পুরহুনা পোকপী ননাদি মাদ্রী ইনাশুনি, ভসি উম্নিবা অসিদগা মতুংদা অমুক উবা ফঙভরোই, নখোইনা শাঙ্গনিংবা রারী শানহোরে। কুন্তীগী রাহৈ তাবদা নকুল সহদেব, চেনশিনখিহনা মমাগী নখোং কোন্দুনা হায়রজে, ঈমা নচা ঐখোইদি অপোকপী ঈমানা থংজদে ঈমাতোম্নি থজ্জরে। মরম অসিনা নচা অনিগী অপরাধ ভাকপায়ু হায়রগা কপচরক্লে; মচাগী প্রেম্না থনোই কাইগদোরবী মাদ্রা।

থোংথোক্লাই চল্লগা মচা অনিবু ওইগা য়েংকা কোন্দুনা পন্থগা ! হয়া হয়া চুপপী বাসপা প্রেম্না কনথিহুনা সতী অমুক্ত নংথরকই। মচা অনিবু চিংনা য়েংলগা হায়রকই, হে নকুল সহদেব ইচা অনিদি ঈমাগী অমৃতনা মপুং ফানা য়োকলমহ্রে, ইচা য়োক্লবগী ঈশ্বরনা পীনবা অমৃতত্ব, ঈমাদা মথাক লৈরী। ওন্নি অমৃত মথাক অহ্ন ঈমা ইল্লগে হায়বব্রু, নবতানি হন্দোইগল্লা ? নকুল সহদেবনা হায়খ্রে, ইমাগী অম্ক্ত ইনবীযু নচা অনি কংজগোবগে হায়বগা, য়া কাখৎতুনা ভাইরুথি। মাদ্রী থাখুম হায়দোক্লগা অমৃত নামা নামা ইনথগ্রে, নকুল সহদেবগী গভ থল্লবা থোকথি। মচা অনিগী গর্ভ থল্লবদা মাদ্রী; মচাবু তম্পাক্লগী থাংথরগা হায়রকই। হে নকুল সহদেব ইচেম্নু, কমা পোক্লবানী থন্দুনা নবুকনিং খজিক্তং মরুব্রবদি, মপোক থুদিং নমা ফংদবা ওইম্নু। নবতানিনা ঈমা অপোকপীনি নিংহুনা ধর্ম্ম কাইদনা চংলবদি, মতম পুম্নমক্কা মঙ্গল ওইজো। পাণ্ডু রাজনা হায়বকই যুধিষ্ঠির ভীম অৰ্জ্জুন নকুল সহদেব, ইচা মঙামক তারো। ইপানা হিডিঙ্বদা নখোইগী রাজবেশ লাংহুন ; বকল কোবা লাইত্রী মফমদা থনম্বনি, হৌজিক মথোই অমা চংলগা লোক। বরুমা ইপাবু মথা প্রেমদা হাপ্লীহুনা লুনা নিংখিরপ্পী, নখোইবুস্নু মচাগুম্না নিংখিরমগনী মাহ্ন য়োনবনী মপ্পাম্নু, ইপানা সেমহুনা থনমলবনি। সমুদ্র তাল্লা চংলগা গঙ্গা নবেঙ্কোবু কো শোইদনা পাক্লনি গঙ্গানা পুবারবদি খিংকুপ অমা অনিদা য়োগনি। অদুগা ইপানা য়েংবদা ভীমনা চাও থুগাইবা, অর্জ্জুনা থোংনাং ককপা ঙমগনি নিঙ্ঙ, মরম অসিনা নবতানিনা ইপাগী বরদগী, লেপনা ঙম্মু। অদুগা যুবরাজ পদবাদি নয়াম্ব যুধিষ্টীরবু ওইহল্লু, মতম লৈবা থিবিক্তা নরাম্বা অহনবু, ইপাংক্লি নিঙ্ঙু। হৌজিকি ইপাম্নু হল্লগে মতম থৈবিক্তা শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু কাওগনু। পিতাগী বর ফঙ্ঙবদা পাণ্ডব মঙানা, মুনিগী পিক্তা মাক্তাগী, পাদদক লোক্করে। মমা মচা ৬ মক লৈহোবে, মুনিনা পাণ্ডু মাদ্রী পুক্তনা যমলক য়োখি; যমদা পাণ্ডু শিল্লরম্মগা মারদা ব্রাহ্মলক য়োখি। সোমদা কুন্তানা হায়রকই ইচাশা, নচিন ননাও থম্নরগা অমা চংহুনা লোক্লরো। ঈমাদি রাবে ওহাক্কা পোথাহোক্লখিগে, হায়রমলগা কুন্তী পম্যাদা চংহুনা তুমখ্রে। যুধিষ্ঠিরনা হায়রকই ভীমসেন, ইয়াম্বদি ইনাওশি লৈজবদগী লেমজরগে, নথোই থম্নরগা অমতং চত্তুনা লোক্লবো।

ভীমনা হায়রকই অৰ্জ্জুন ঐম্নু অহন ঙমথংনি, ইয়াম্বদ্র লেমজহোরগে হন্দকী থোংকম অসি, ইনাও অহুম থম্নরগা অমত্তং চংলু। অর্জ্জুনন হায়খ্রে দাদা য়াইম, ইনাও অনিম্নু অঙাংনি, চংফমদি ঐগী লেং থোকই, অদুবু ৎনা হায়জবদি ঙমদ্রে। মীনা ঙমকদ্রবা থবক্তা শোইদনা পাংথোকপা ঙমগদবদি, দাদা য়াইমদনি। ভীমনা হায় অর্জ্জুন ইয়াম্বনা লৈহোরগা ইনাওনা চংলবম্নু কৈ, যুধিষ্টিরনা হায় বৃকোদর ননাও অর্জ্জুনথোয়না করিবসি। নঙি নতু ইনবা কৈদোঙৈদম্নু ঙমলোই, তৌজিকম্নু ইনাওনবু চংপ্রবদি শোইদনা পাংথোকপা ঙমগনি ননাও অর্জ্জুননা চংপা হয়াম্বগী পুক্নিংদা কয়া লুপদে। অদুবু ননাওগী চংকম লেং থোকপমিনা, ইয়াম্বনা নংবু চংমু হায়বদি ঙমদ্রে। তৌব-গদি ইনাওনা চংলবদা সোইরোই। অমুমা হয়া হয়া থাগৎলি ' ভীম ময়াম্বনা চংহনবিংলে ঈজথোক্লপা য়ারোই, খঙহুনা হায়বকই।

দাদা ইবুঙো ইনাওগী মতৌ য়েঙে তৌবনি, ঐ চঙ্গরে হায়রলগা হৌগৎতুনা চেনখরে। ভীম মুংশিৎকি মাং থানা চেল্লকপনা. নোংচুপ সমুদ্রগী খোংবান য়ৌরকই। গঙ্গাবু অবাহন তৌরকই, খুদক অহূদা গঙ্গা দেবী থুঙরে ভীমদা হায়রকই; বৃকোদর নংনা ঐবু থুনা কৌবদি করম করিগীনো। ভীমনা হায়রৈ ইবেম্মৌ নগুবু বরুনগী লৈপাক য়ৌনবা, অমুক্তা থুনা পুবীয়ু। গঙ্গানা হায় ভীম ঐগী ডা মথক্তা তোংথংলগা নমিৎ অনিমক উইশিল্লু; মিৎকুপ অমদা য়ৌনবা পুবীগে। ভীম গঙ্গাগী মকর বাহন মথক্তা তোংথংলে, মিৎ অনিমক উইশিল্লি। গঙ্গানা ঈশিং মনুংদা পুপথখিহনা, পুখিবনা পুক্কর মাসি দ্বিপকি বংশি মোচান কৌবা লৈপাক, বরুন নিংথৌগী হিদেন তাকমদা কাওরবে! গঙ্গানা হায়রকই ভীম নমিৎ পাংথোক্লো য়ৌরে, ভীম মমিৎ পাংথোকউবদা মুমিৎ য়ুংবা, মতম ওইরগী ভীম রাষনখুহনা কপ্পুনা লৈরে। গঙ্গানা হায়রকই ভীম কপইবা করিগীনো? ভীমা হায়রকই ইবেম্মৌনা থুনা পুবীনি হায়রগা, হৌজিক্তি মুমিৎ য়ুংখ্রে। কুম্মৈ শাদগদৌরিবদি অয়ুকী পুং ৮ তাবা মতমদনি, ইবেম্মা পুবিরকপদি মতম হেন্দোকখরে, ঐনা ইরোইহনা লাঙ্গরগবমু নওবা য়াই। মীওন্দা মমল পিদনা নেকউবদগী শোইবনি, লাইরবগী মীচং লৈবা হৌনদে, থংজরে ইবেম্মৌ। গঙ্গানা হায়রকই,, ভীমঘেন নংবু ঐনা পুরকপদি মিৎকুপ অমদা য়ৌরকপনি, নথোইগী মীরৈবাক্তা নোংয়াই, লাইরৈবাক্তা মুমিৎ য়ুংবনি। কপকমু কাথৎলো নোংচুপ পাংবদা উরিবা অসি নপা বরুনগী কোনুংনি য়ৌখরো, হুরেন হনবমু ইবেম্মা পুবিগনি। মপা বরুন্না হংঙমলবদি, ঐমা পুবিরক-পদি হায়না! তাকথোকউগমু। ভীম মুংডাইজরহুনা গঙ্গাবু খুরুমলগা, লৈরাইদা চোংথংখি, গঙ্গা ঈশিংদা লুপথখি। ভীম মুংশিৎকী মাংখানা চেল্লকপনা, বরুনগী হোজংদা থুঙরে, কার হায় দারি লৈত্রা খোং হাংদোকউ ঐ চঙ্গে, হায়না লাওরকই।

ভীমগী খোল্লাও তাবদা মকরধ্বজ সেনাপতি, মৈহৌবগুম শাওহনা কনানো খোগল্লোন য়াওদনা; লাওরকইবা মকরধ্বজগী খুবাক্তা নথরাই মাংনিবম্মা হায়বগা? খোং হাংদাকতুনা নাপন তৌনা থোক্রই। ভীমনা হায় করি ঈশিং মচা নথোইনা, কংকাল মচা ঐথোইগী মাংদা নওক হায়গৎপ্‌ য়াত্রা! ভীম মকরধ্বজ অনিহু চোংশিন্নখিহনা, থুৎতুমগা কিনগা, খুবাকা খোংপাক্তা থিরৈ কাওনৈ। থানৈ। পাদোমগা পাদোমগা কানৈ ইরৈ, চেজেৎ কোয়হনা খুদোং চিঙথংলগা, জিঙথৎহুনা থাদনৈ কিৎ কিৎ নমনৈ থরো থরো ওয়ৈ, বংশি মোচোল লৈপাক্ক নিক্রে। দারী ২—৯ চেনশিনখিহনা বরুন মহারাজদা হঙংলি, বরুন মচা মনাইগা চেম্নোক্লকুনা য়েংই। মচা ভীমনি থংঙহনা অনিহু থাইদোক্লগা থান্নী; ভীমনা বরনবু ইপানিংথৌ নচা খুরুমজরি হায়রগা দণ্ডবত তাজখি। বরুন্না ভীমবু চিঙ্খৎতুনা চেজেৎ কোল্লগা, হয়া হয়া চুপপখি। ভীমনা হায়রৈ ইপানিংথৌ হায়রক শায়রক ওয়ম্না তৌবা নিপা অসি, শক্তা মুংশিদেদা মাশি কনানো অজ্ঞা। বরুননা হায় য়াইমা মাসি মুংশিৎ নিংথৌগী মুঙলি, হনুমাননা পোকপা মচানি ঐগীদা সেনাপতি অমা ওরি; বহাকাদি নচা থোকই চাল্লৌ; মকরধ্বজ নঙ্গিদি নপাগা পিতা তিননবা, নথুরানি খুরুম্। মকরধ্বজনা ভীমবু খুরুমম্মা হাজরৈ, খুরা

ইথুডোবু ঙা নচা খুরুমজরি ইতোম্রি হায়বা খঙঙম্মবদি, মতুংদা কাওদনবা নচাগী খুংফম ১—২দং থমজরমগদবনু ? নিঙঙমহৌদেদা অজ্ঞা। ভীমনা মকরধজ ইচা ওইরমগনি খঙঙমলবদি। লোইশিল্লম্মগা শোরাং চাওনা শোন্দুনা, ফোলা য়াম্না তৌরগা পেল্লা চাগদবনু য়াম্রেদো, ইত্তোন নিঙঙমহৌদেদা অতো। মপা মচাগী রা ভাবদা বরুন মোমোন নোক্লগা; মচা ভীষ্ম দরবার সভাদা পুশিনবিথরে। বরুণা হায় বৃকোদর ইচাগী আসন অমা তোপ্লরোই, ইপাগী আসন্দা পুলপ ফম্মিম্লসি হায়দুনা, ভীষ্ম আসন্দা পুখৎপিখরে। বরুমগা ভীমগা খত্রাং ফম্মিনহনা রারী শাম্নে, ছন্দেছ কয়া লাশিন্দুনা পিজৈ, বরুনগী সভাদা ফম্মিবা লাই ময়াম্লা ভীষ্ম, থাগৎনৈ। বরুননা হায় ভীম ইচানা ইপাগীদা লাকপনু করি হায়নিংবা লৈবগে, ভীষ্মা হায়জৈ ইপানিংথৌ ইন্দগিরি থুগাইহনা যুবরাজ পদবী তান্নবগী অচৌবা কুম্মৈ অমা তৌগদৌরি। অহুদা রাজবেশ শেংকনি ফিজম শেৎপা য়ারোই হায়না রাজা অজ্ঞা লাওথোকখরে, মনাই ঐথোইদি লাইরবা লুখ্রা মচানিনা রাজবেষ লৈজদহনা। কুম্মৈ য়াওবা য়ারোইদৌরে। মরম অসিগী ইপা নিংথৌগী চরন্দা, নচা মঙানা শেৎনবা রাজবেশ মঙাদং নিজগে লাকচবনি।

ভীমগী মাহৈ ভাবদা বরুনদেব পাণ্ডুনা থনম্বা, আভরম খংনিং নিংশিঙিঙ। ভীমদা হায়রকই য়াইমা ইপাদি নহানমথৈঃ পাণ্ডু ইতাওনা ইচা মঙাগী আভরননি হায়হনা, সনাগী উপু মঙা লিহনা থনমই। মাহ অমুক্তং য়েঙঙগা মাহ্না কুইমন্দুনা মশা শোক্লমলবদি, ইপানা অহনবা শিনথৌগনি। হায়রগা ভাণ্ডারিশিংদা পূকৈদগী সনাগী উপু মঙা লৈবনি, মাহ পুথোরকই হায়না য়াখং পিথরে। ভাণ্ডারিশিংনা পাণ্ডব মঙাগী মমিং থাহনা থম্মাবা সুর্ব্বন বাকস মঙাহু, পুথোক্লনা বরুনগী মাংদা কংলরে। বারুননা হায়রকই য়াইমা রাইথু শো কোম্নমা য়াওরিবা, উপুশিং অসি শো হাংদোক্লনা অমুক্তা য়েঙঙ। ভীমনা শো লৈহনা য়েংবদা, অতৈহ হাংবা য়াদে মাগী মমিং থারিবা উপুহ য়েংবদা, মাহ হাংবা য়ারে। পাণ্ডুনা জ্ঞান লৈবনু মচাশিংনা ওইরগদবা মীওই, মবুক্লা পাম্মগদবা ফাওবা থংনা লাঙঙম্মী।

ভীম মাহ উবদা পাণ্ডু মপাগী গুণ নৈরম্মীবহ খল্লবদগী, পিতাগী প্রেম্না ঈংথৌরকপঙুম্না মিংলুদা পি শিম্বহনা কপলকই। ভীমনা হায়জৈ ইপানিংথৌ আভরণ অসি মশা শোক্তে, হুজিক্তা লাংবঙুম্না লৈ। অতৈ অসিদি শো হাংবা য়াদরে, শো অসিনু কোহ্লিং কাহ্রনা শৌজিল্লবনরা খঙদ্রে। বরুননা হায়রকই য়াইমা পাণ্ডু ইতাওনা হৈবম্বা মহৈ অঙকপনি, মশা মশানা শো হাংবা নত্তুনা, অতোপপনা হাংদূনা শিজিল্লবা য়াদনবা, থনমলবনি। হাংবা য়াররোই কোহ্লিংনা নত্তে, আভরণশিংহ মাথুং নত্তে লাইখুংনি, মোংপা মনবা শেগাইবা নাইবরোইদবা ভাক্তনি. ইপানা অমুক অনৌবা পিল্লবম্ম য়াম্নগনি। ইচানু ইপানা চাক চরা অমত্তা পিজনিঙই. চাক চাখো হাম্নবনু ইচানা করি থনবগে হায়য়ু। ভীমনা হায়জৈ অজ্ঞা পাবুং মহারাজগী য়াথংনু নচানা ভাকচগে, খর থুনদদি লাংহনবীয়ু। ভীমগী মরা ভাবদা বরুণা বারুনী পাটেশ্বরীবু কৌরকই, বারুণী খুদক অহুদা সভাদা থুঙঙরে। বরুনদেবনা হায়রকই

ভীমসেন নমা বারুণীনি থুরুমউ, ভীম আমরুগী চোংথহনা বারুণীগী চয়না দণ্ডবতনা থুরুমই, বারুণীনা ভীমবু তম্পাক্তা পশ্নগা লাইবকতা হয়া হন্না চুপ্পী। বৃকোদর হৈতা ইথেম্বা কুন্তীবু মঙ্গোল ওইরিবা লরাম্বা মনাওনা কমদোরি ইথাদি নোংমত্তা য়োবকপা ওমদে। ইচানা চাওরক্লনা খব মপাগী থোন্দ্রল লিরকপা ইমা পেল্লে, ওসিদি ইমা ইচা চাক চরা অমত্তা চামিন্নখিসি, ইচাগী চংপা নংনদবা লাগে। ভীমনা হায়রৈজে ঈমা থরা থুনা লাংবীয়ু, মচা অথুবা থোংকম ওইনা লাকচবনি। বারুণীনা অমুদি ইমা থোঙওরুপে হায়রগা, ভীমবু তম্পাক্তগী থাংথবগা থর নিংথিনা লাংগে থন্দুনা, লাইরেম্বী ময়াম স্মরন তৌরকই। বারুণীনা কৌরকপসি ভীমগী চাক থোংনবমি খঙহনা, মবুক্তো মবুক্তোদগী বিদায় লৌরগা থাবৈ চেগপ লোইননা, থুডওয়ে। অহদা থুডওবিবী লাইরেম্বীশিং অন্ন পূর্ণা অরুন্ধতী, স্বহা, মালিনী, লক্ষ্মী, সচী, সাবিত্রী, বারুণীগা জগত য়োকইবী লক্ষ্মী নিপাল অসি, চাকশংলোবদা চংথি।

ভীমনা লক্ষ্মীশিংবু উবদা মরুন রাজগী মকমদা হন্তিঙ? পাবুং মহারাজ ইমাগা চংমিন্নখ্রিবা হুপীমচাশিং অসি? কন কনানো। বরুননা হায় ভীম হুপীমচা হায়রৈগদে, জগত য়োকপিবা লক্ষ্মী ওাক্কি, নমানা থর নিংথিনা লাংনিংহনা লাইবেম্বীশিংবু চাক থোংনবা কৌবনি। ভীমনা খল্লি ঐ অসি চাওরেদকো ঐনা চানবগীদমক, লক্ষ্মী নিপান্না থোঙদোরিবা, অহু ওইরবদি চাওখিরৈদা চাংহৌরগে থন্দুনা হায়রকই, ইপানিংথৌ নচা চাক চাজররোই। বরুন্না হায় কৈদোরে য়াইমা ভীমনা ইপানিংথৌ ঐথোক মীরমলেনগী, য়ারেপ অমা লৈ। লাই মথুং চাবা য়াদে নচা স্বর্গা তারগনি; ইমাদবু ঐগী ইনাগী মথুং চাবদি দোষ লৈতে, হায়রোক্তে তৌবনি। ভীমগী য়া তাবদা বরুন্না হায়রকই, লক্ষ্মী ময়াম লেংবিখিবা য়াবগনি, ইচা য়াইমনা থুং চারোই হায়রা। বরুনগী য়া তাবদা লক্ষ্মী মরায়া থম্মে, ভীমনা ঐথোইনা থোংবা চারোই হায়বসি, করিগীনো। ইন্দ্রাণীনা হায়রকই মথোই মীরমলেন্দা, লাইগী মথুং চাবা য়াদবা মরম লৈবোইদনা।

অন্নপূর্ণানা হায়রকই ভীম অসি তৌবা ওম্বা নিপানি; মাগী চাক থোংবা লাক্লগা মতোন্দা হায়রমদে হায়চনা, চক্র তৌরপনি। কলিনা পুরকপা হাঙক্তা ঐনা থোংবা চাখিবনি, মতোন্দ হায়নরুরগা থোংখসি। চাক থোঙওনী হায়হনা য়ুমদগীদি লাক্লগা, ভীমনা থুং চাবিদ্রে হনখিবা ইকাই, য়ারম অসি থহনা লক্ষ্মী ময়াম, দয়বারদ চওওক্লে। অন্ন পূর্ণানা হায়রকই ভীমসেন, কৈলাশদা ঐনা থোংবা চাখ্রগা, ওসিদি করিগী চারোই হায়রিবনো। ভীম লক্ষ্মীশিংবু দণ্ডবতনা থুরুমজরগা হায়রকই, ইমা অদুগী হাঙক্তা ব্রহ্ম সতানা ভীম অসি অওাংনি, প্রায়শ্চিত্ত তৌরগা লৌথংপিসি হায়নহনা, অদুগী প্রায়শ্চিত্ত তৌবদা ইয়ন পুমমক নোইখিহনা; লাইরবনা ফি শেংনিংঙাঙ্গী লৈতহনা। ইপা নিংথৌদা নিবা, লাকচরম্মীবা অসিনি। তৌবমুদি ঐনা থংদহনা তাকথোকউবম তেবানি, তাকথোকউত্রবদি য়াইদা। লক্ষ্মীশিংনা হায়রকই ভীমনা থুংচাবীদ্রে হনখিব, ইমথোইদু ইকাইবে, ওসিদি থোংগ্রগে মতুংদ হায়দোকউরহু। ভীমনা হায়রকই ইপা নিংথৌ, তঙাইফদনা থোংহনসিয়দো। বরুননা হায়রকই য়াইমা য়াবদি থোংহনবা দৈ, ভীমনা হায়রকই করে ইমাথোই থোংনীয় রেব,

তডাইকদনা ওসিদদী চাজত্রগে। লক্ষ্মী নিপাল লেংশিনখিদুনা মথেন ১০৮ শুনা, চেং মোন ৫০য়োমগী চাক থোংবা লোইরহনা, চাকলুক শেম্মগা ভীমদা তাক্লয়ে। ভীম বরুন খুরুমহনা চংডকপনা চাকলুক য়েংডম্মগা অমুক থোকখরে? লক্ষ্মী নিপাল্লা হায়রকই বৃকোদর কৈদৌরে। ভীমনা হায়ৈ ইমা লুক অসি শ্রীকৃষ্ণদা কংত্রিমাল্লেঃ নচাদি কৃষ্ণগী মহাপ্রসাদ নত্রবদি লোজদে। লক্ষ্মীনা হায় ভীম ইমাখোইনা নঙ্গি মানসিকনা অহুম কংলগা য়াগদৌবোই নিংহুনা কংবৌত্রে ইকাইদা। অহু য়ৌনদি ওাউরগা কৃষ্ণ ভক্তিদি লুনা লৈরম্মী, ইমাখোই অমুক্তা কংথিগে হায়রগা, বত্তি চমথংতুনা পত্রগা লোইননা কৃষ্ণদা লুক কংলে। ভীম লক্ষ্মীশিংবু খুরুমজরগা চাজরে, চাবগা লোইবগা মায়খরে, হাওমনথ্রহনা সনাগী পুথমহু মথুংনা তকশিন তকশিন্দুনা, লেকুনা অহুম লৈরে। ভীমগী মতৌ উবদা বারুণীনা হাইরকই য়াইমা, পুক থনত্রিবরা ভীমনা ইমা পুক খাউেড য়োফাংত্রি। বারুণীনা হাই য়াইমা ইমানা চাক চারা অমা পিজবদা! থন্দনা চংথিবা গুডতাইত্রে অমুক থোঙখিগে। ইমা খর থুনা লাংবিয়ু, করে য়াইমা থোংবা হায়া নংনা চাবা হানবা তায়সি! লক্ষ্মী ৮ না থোংবগা লোইবগা হাপগা, ভীমনা চাবগা তায়রকপা অসি পাও তাবদা, বরুন য়াজ পাত্র মন্ত্রিগা চওডকুনা, পারয়াম কুম্ভ ওয়না য়েংনরে। ভীমনসু হান্দে লক্ষ্মীশিংনসু হান্দে চেংশি থংথিত্রে, বরুনগী চেৈঙ্গ অমা তাকতক তৌরে। ভীম পুরোন ওইরে। পুক থজরে ইমা হঙ্গংলি, লক্ষ্মীশিং রামনথরহনা চাথুমাং অম্লিংবদা থরো থরো ওয়খরে। ভীম আচমন তৌরে খুংশা চিন শেংদোক্লে, সেবারিশিংনা ঠৈ পানা লানশিন্দুনা, ভীম চারে, থোরকুনা বরুনবু খুরুম্মী। বরুনা ভীমবু য়েংহুনা হায়নকই ইচাদি কল্লিনিদকে, ভীমনা অজ্ঞা ননাই মকৈঞ্জে, য়াইমা ইপাগী কৈথেল অচৌবা ময়াইদা গদা ১ য়ুংনা ফুমহনা লৈবে। গদা অসি ইপানা ফুকে হোংনবদা ওমত্রে, ইন্দ্রগী ঐরাবত, সিবগী বৃষভ, যমগী ঈরোই থরোবী, লোকবগা য়োংলি পুল্লগা, চিংহল্লি ওমত্রে। ইচানা অমুক্তা ফুক্তোক্লম্মুবা, ভীমনা হায়ৈ উপানিংথৌ নচাসু ঈপাগীদা পংচাদা চারগা, থবক্তি অমতা নোম্মমদনা হঞ্জবসু মুংতইতে। মংম অসিনা নচা ফুক্তোচরমগে, বরুনা হায় য়াঈমা ঈচাগী পাঙ্গল য়েংনিংহুনা তৌবনি, থবক শুহল্লিংবগী নত্তে। ভীমনা হায়জে ইপা নিংথৌ নচা পুক্তোকচগে, নচাগী পাঙ্গল তুংদা য়ারিনহৌবা, য়াগনি। বরুনা লাঈগী পুংয়েহুনা লাঈরৈবাক পাওত্রেনথরে, লাঈয়ান থুংতৈ ভীমবু পুহুনা য়াজ বাজারদা, লাইয়ামগা লোইননা জলেশ্বর থোরকই। গদানা লৈরিববু ভীমদা তাকচ, ভীম লাহয়ামবু খুরুমই। চংখিহনা শ্রীকৃষ্ণবু স্মরণ তৌরগা, মল্লবেশ লাংহনা বরাহাদেবযু খুরুমজরম্মী, গদাগা নাক্তা চেনশিনখি। গদাগী খুংপাইফমদা মখুং অনিনা চেংনা পায়রগা, থা রাং নোংপোক নোংচুপ থোক থোক ইল্লি। গদা অহুদি নরায়নগী ইচ্ছাদগী, মনাহ ভামবু ডাইহনা বসাতল ফাওনা, পাতাল মরোল ৭ লৈচং তাহন্দুনা থমইবনি। মরম অহুমা লাইনা ঃফুকপা ওমদবনি, ভীমনা শোকউংদা নরায়নগী ইচ্ছাদগী খুংগু ওরবা মানবা খুহুপ ১২ দা হল্লিনখরে। ভীমনা থোক থোক ইল্লুবদা গদানা লৈরম্বা লৈখুং অহু ক্রোং ক্রোং কাইহনা গদা ফেং ফেং হায়রে। পাপ্নোমগী পাজলনা গদা লাঈনা ফুক্লগা পৃথীদা তম

তম থাবদা গদাগী মরৈদা পকলম্মীবা লৈবাকতু মরিক অমকাওবা পকতরে। গদাহু পুমলং লঙৌ গদাগী মণ্ডণহু উবদা, ভীম কুণ্ড-লিবাক্তা ওহাক লৈরকই। লাইরাম্না ভীমগী থক্তা লৈনা নোং চুবগুমঁ চাইথরক্লে; ভীম বাক হল্লিন্দুনা গদা শলাম্নি কংলগা, বরুন রাজগী মাংদা গদা কংলগা থুরুম্মী। বরুনা গদাহু পাইথংলুবদা গদাগী ভারিনা, শম্বুম অমা কাওবা লেংবা ওমদ্রে। বরুন চোপলর্নি থন্দুনা ভীমদা হায়রকই; বৃকোদর নঙ্গি পুরিংদা গদাসিবু পাম্মীবহু ইপা উরে। গদা অসি ইপানা নওোন্দা পিরগে, ইচাগী থুংগু গদা ওইজরো, গদা অসিনা নঙ্গি য়েক্লবা লেপনা জয় তৌজৌ। লাইরাম পুমমক ভীমবু মঙোল পিরগা হন্নখি; বরুন ভীমবু পুশিল্লকুনা দরবারদা হল্লিল্লক্লে। ভীম গদা ফংজবদা স্বর্গ ফংবগা মাপ্পনা মুগুত্তাইজরে, ভীমনা হায়রৈজ ইপাগী খোজান্দগী গদা ফংজবা অসি মচা পোকপগী মহৈ য়াগ্গরে। বরুন রাজানা হায়রকই পাণ্ডু নন্দোন গদা অসি, সত্য যুগতা হিরৈনাথা হাংনবা থাতু ৯ মা তিন্দুনা শাবা, শ্রীনরায়নগী কৌমুদকি গদাগী চপমান্নবা; অমুঘগদানি। মরম অসিনা গদাগী মমিংবু কৌমুদকী সোম হায়না থোল্লগে, হৌজিক্তি ইচা মঙ্গাপী আভরণদি পিত্তানা গুনমন্থনা লৈবে।

নমা ইচন কুন্তীগী অমগা ইপানা তম্মগে, রাসি হায়বগা বারুণী য়েংহনা হায়রকই। পৃথে কুন্তী নতাগী আভরণ ১ উপুগা কোম্মনা পুরকউ, পত্তি অক্ত ফঙবদা বারুণী চঙথোক্তনা। হিরা মনি রত্ন করামক্কমগা, বাণীগী আভরণ সনাগী উপু - দা হাপ্পগা, পুথোরক্কে। ভীমদা শিমৈ য়াইবা ইতা কুন্তীগীদ-ক ইমানা ওম্মীবনি, মাসিমগা ...রা ইচা মঙানা লেপনা মঙ্গল ওইহনা, পিতৃসত্ত কংজো। ভীম মমাগী নদ ফঙ্দদা বরুণী : মদ, হাংজৈ; ইপা নিংথৌ উপু ৬ অসি য়োম্মবা নঙ্গো ফি অমত্ত পিবিযু। বরুনা বিশ্বকর্ম্ম কৌরগা নঙ্গো ফি ১ পিযু হায়বকই; বিশ্বকর্ম্মনা মঙ্গী গুণমা থুবাক মযাইদা শংগা কনবদা ফি ৩ : থোকখি। ফিহু পিরম্মগা বিশ্বকর্ম্মা হন্নখি, ভীম উপু ৬ অহু ফিনা য়োম্মগা, পুনশিল্লে। বরুনবু থুকমজহুনা বিদায় নিজবে, বরুন দেবনা হায় হযেং ইচা মঙানা পু... চংপা নংনবা, দেবদুত ৫ রথ ৫ গা থাবক্কনি। ইচা মঙানা তেবক তরক চংপা মুংভাইরোই রন্দা, তোংশা, য়েম্না চংপু। চিঙথুপ ইবা থোন্নাং কককপনা, ভীমার্জ্জুন নচিন ননাওমা ওয়াগ যুবরাজ খুবম নয়াম্বুংবু ওইহনু। ইপা রা অমগ হঙ্গে ইচাম্ম কনাম্না পুবিবকই ? করম্না হনগদোবি ইপাব থিল্লুরা হায়যু ভীমা হাংজৈ ইপানিংথৌ থিরবীদবা য়াগনি, নচা অমুম চচ্চথিগে ওহাক্কদা, য়োজগানি। বরুননা হায় মীয়বাকা লাঙ্গৈপাক্কা অনি অসিগী মঙ্গা, লাহোকপা ওমশক্রবা সংদ্রেনা থাল্ল, কনানা লানথোকপিগদৌরি। ভীমনা হায়রৈ সমুদ্র লানবীরকপা লাম্থোকপীগদবা হাঙরি, অত্তবু তাকথোকউন্ন হায়রকই। ইপানা হংবিরবনিনা তাকথোকপা নঙনা, পাণ্ড তম্মা ওইনা তৌজরগে, ইবেম্মো গঙ্গানা পুবীরকই হৌজিকসু, ইবেম্মোনা থিনবীগদবনি। বরুননা হায়রকই হোইনে অদু ওয়রবদি য়ায়নি য়োথরো, ভীমনা অহু পোখংহুনা চচ্চংগে হায়রমনা। হৌরুনা চেনখত্রে

ভীমগী নম্বো অহু পোং চাওমনখ্রহুনা কোক্তগী হেনগংখিহুনা নম্বো কোকথোং ওইনা তৌরে। ভীমনা [ সিংহদ্বার ) বরুনগী নোংপোকী থোংদা থোক্তে তৌবদা। থোংথক্তা কোকথোং অহুনা পল্লে । ভীমন, থল্লি চিংথেক্তুনা চৎখ্রবদি থোং থুদেকলম্বগী বেয়া তৌরক্ত্রা । নম্বো থারবহু থর খিহুরগদি, ওহাক থল্লিখদি বরম দেখনা উরহুনা ভীমগী মতৌ য়েংদিংলে। ভীম চমলবদি চিংথেক্লগা চক্তখো হায়না লাওরকই, রাহু তাবদা ভীম চিংথেক্তুনা থাং ফক্তাইরম্মগা। অহুম চেনখ্রে।

য়োংকী থোংজাও ফক্তায়হুনা তাহৌরিবা ভীমগী শক্তিহু উবদা। লাইগী সভাহু ওক্লথি। সমুদ্রগী থোংথাল য়ৌরক্তুনা ভীম গঙ্গাবু কৌজরকই ; থুদক অহুদা গঙ্গা থুওরে, গঙ্গানা হায়রকই বৃকোদর নঙ্গি পোং অহুগা হাপ, নশাগা অমুক তোংশিল্লবদি লুপ্তন্দুনা ; ঐগী ভাঅসি ঈশিংদা লুপ্পাভাক্তে, কমদৌগি । ইবেঙ্কো পোংঅসিদি হাপচরগে ঐদি ওাদা তোওওরোই, গঙ্গানা হায় মহাক্তি লৈহৌরগত্রা, ভীমনা লৈহৌরোই ঐদি পোং মথক্তা । তোংজরগে। গঙ্গানা হায় মাহুদি য়ারোই, ভীম্না ইবেঙ্কো পোং অসি হাপচররোই ঐদমক তোংজরগে। গঙ্গানা নংগী পোত্তু হুপোক্লমগত্রা । ভীমনা ইবেঙ্কো পোং অসি ঐগী হকোক্তা পুজরগে, গঙ্গানা অহুম্ন অম্মানি য়ারোই । ভীমনা হায়ক্তৈ ইবেঙ্কো পোংশু থনবা য়াদে ; এশু লৈহৌবা যাদে কমদৌনি। অম্নুম্না হায়নরিবৈদা বরুননা গঙ্গা উনশিংহুনা লাকইবহু উরহুনা ; গঙ্গানা হায়রকই নংদি নপাদা তাকথোক্তু উম্নু হায়রগা তাকথোকউববোইরে । নপা লাক্লে ঐ নপাগা উননিংদে চৎসি, পোংম্নু মংম্নু পুল্লপ পুবিরগে ; থুনা কাথংলো। ভীমন ইপা নিংথৌ ইবেঙ্কো অসি ঐ ফাজরম্মগে ; থুনা লেংসিন বিরকউ হায়না লাওরগা ভাগ মথক্তা নম্বোগা ভীম চোংশিনথরে। গঙ্গা মুংশং থিরহুনা মমিং উহশিল্লু হায়রম্মগা। ঈশিং মম্নুংদা লুপথংনা পোরকপনা মাংকুপ থরগী মম্নুংদা থুওওহুনা ভারতকী নোংচুপ সমুদ্র থোংবান্দা ফাওরবে। অদোমদা বরুন ফংওরোই থম্লহুনা লৈহৌরে। গঙ্গানা য়োক্লে কাথংলো হায়রকই। ভীম মমিং পাংথোকপদা আহং নোংয়াহ মতুং যুথক ওইবম্মী ভীমনা ইবেঙ্কোগা ইপাগা মুংভাইনদ্দবা নৈবিত্রা ? গঙ্গানা হায় নপানা ঐবু পুজারী অমুক্তা ওইবিয়, হায়রিবা। ফাওনা ইবেঙ্কো ব্রাহ্মণম্নু নত্তনা পুজারি ওইযু হায়রিবহু ভাব তাজারে হায়রগা লৈরাইদা চোংথংখ্রে। গঙ্গা লুপথখি। ভীম মুংশিংকী মাং থাহুনা চেল্লকপনা মিংকুপ থরগী মম্নুংদা মন্নুমদা থুংখি। অসিগুম্বা আদি পর্ব্বগী রারীবু মীওইবনা পুক্কিং চংনা তাজরবদি পুন্যগী মশক্তি মতাংসিবু পাংত্রম্বা শ্রীতোনদোন সিংহ ঐনা ম তৈ ইমা লোন্দা হন্জরি হংতি।। হরিবোল হরিবোল। হরিবোল। শ্রীইপোম তান্দোন সিংহ রারী পীবা পণ্ডিতকী শরুক লোইজরে। ইতি

# অধ্যায় :—

## ইন্দ্রগীরিগী কুম্মে শান্নবা অমসুঙ যুধিষ্ঠিরনা যুবরাজ ওইবগী

### বারী মতাং।

অধ্যায় অসিদগী শ্রীঅশোকপম চাওবা সিংহ কথাবচক পণ্ডিতকী ইবিরকপা রারী শৈরেং হৌজরে। নৈমিষারন্যদা রারী শিরিবা সৌতিনা হায়রে ভাবিয়ু ব্রহ্মসভা ; বৈশম্পায়ন মুনিনা হায়রকই তারো জন্মেজয় নিংথৌ। ভীম মাশোন্দা পোথারগা ময়াম্বু থুরম্মী, মবাওশিংনা ভীমু থুরম্মরে, কুন্তী হৌগৎলক্লে ভীমদা কমদোরকপগে হল্লৎকই। ভীম পাও পুন্নমক তম্মী বারুনীনা পিরকপা ; মণিবত্ন আভরণ হাপ্লিবা সনাগী উপু অত্তু, মমাদা কংলে। মাগী মাগী উপু হাংদোক্লুনা য়েংনবদা, মবুক্তা পাম্বা আভরন যুং চানা চানা লৈরম্মী। পাণ্ডব মওা মুত্তাইবগী ঈপাক্তা তাওচরে। অমুম্না মুত্তাইনদুনা রারী শানবদগী নোত্তাগ্লে। কুন্তী প্রাত ক্রিয়া লোইরগা ইদ্রং মনুংগী থবক লোইশিন্দুনা গঙ্গা স্নান তৌরগা অমবেঞ্জন থোংথাকপা হোৎনখি।

অসোমদা ওরাং কুমদংরাইবমদগী, ,বিদুর মন্ত্রিনা ইন্দ্রিবর কুম্মে শারুম .রংকম ,, শেম শাবা অয়ুক অওনবদা লোইখি। হস্তিনাগী প্রজা পুন্নমক কুম্মে য়েংনিংবদগী, ওক্ত চাবা থকপা লোই রদুনা পুং ৮ দা, থুংনবা লাক্লখি। হস্তিনা কোনুংলোমগী ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌ, বাহ্লিক, সোমদত্ত, ভীষ্ম, দ্রোন, কৃপ, অশ্বথামা, কর্ণ, শোকনী সৌবল, দুর্য্যধন মচিন মনাও ১০০। অক্ষোহিনী ১১ চাবা থকপা লোইনদুনা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অহন নহা পুন্নমক শগোল শাম্বু রথ দোলাইগা লাক্লদুনা পুং ৮ ভাবদা ইন্দ্রিবরদা থুংনখি. মাগী মাগী মতিক চাবা ফমফমদা ফমনরে। মাংদা য়ৌরক্লিবা পাণ্ডব ৫দা ওাংরে, অন্ধরাজনা হচা চামা মওা শুরবা হংই, বিদুর মন্ত্রিনা ইচা মও৷ য়ৌরকত্রি, হায়না হঙংলি। নিংথৌনা অদুদি কুম্মে হৌবা য়াজ্রি, ইচা মওা ওাইথিসি অমুম্না ওাইনদুনা লৈ নরি, প্রজা মীয়ামসু পাণ্ডবকি মাইগৈ য়েংনদুনা লৈরে। কনাগুম্বনা হায়রকই পাণ্ডব মওাদি লাক্লরোই ওরাংগী নিংথৌগী য়াথংনা রাজবেশ শেৎত্রবদি য়ারোই হায়গদুনা। শেংনিওাই লৈত্রদুনা লাক-ত্রবদি। মীয়াম্না পাণ্ডবপু যুবরাজ ওইহন্নিংই, অদুবু অহল্লমম্না কজ্জদবদগী পাণ্ডব মওাবু য়াওহন্দনবা শিনথ্রবনি থম্মদুনা মীয়াম পুন্নমক, পুকনিং মুত্তাইতম্না লৈনখি। মতাং অসিদা রারী তারিবা জন্মেজয়না হংজখি, মুনিদেব ইবুধৌ মওানা য়ৌবকত্রিবা করিগীনো ? জিবীয়ু। মুনিনা হায় মহারাজা মবুধৌ মওা, কৃষ্ণগী মহাপ্রসাদ ফংবা লোইদুনা, মাগী মাগী আভরন শেৎপা লোইদুনা, ভাল-মেখলা কিরিটি কুণ্ডল খোংদোপ খুদোপ, সনাগী লিক মনিগী পরেং লৈতেংলে। ওইগী শেংবান্দা লিকং য়ানসিজ্জি —, মাকন্দা চুংগোই থাওয়াম্লে, খোংদা চুরি থেৎলে নজগুা তেম্বোং পোয়ে, বীরবেশ

শেংপা লোইরগা, মমাগী চরন্দা দণ্ডবত তাহনা খুরুম্মী। কুন্তীনা মচামচাবু নাপ্পীহনা বরপিরে, মচানা মমাগী খুলি লৌজহনা কোকথক্তা হাপচরে, কুন্তীনা হায়রকই মচানক অমুক্তা পরেংশানা লেগ্নু! ঈমা পেম্মা য়েজে। পাণ্ডব মচা পরেং শানা লেপলগা, যাত্রাগী পুংলুপ শোয় য়েংহনা লৈরি, মতম অয়ুচানা বরুনা থারকপা লাই দূত মচা রথ মচা লোইন না; পাণ্ডবকি হোজংদা থুগুডহনা মচাখোরকপা ঙাইহনা লৈখি।

কুন্তীনা মচা মচাগী শকফমু খোংদগী তোনক্কাওবা মথং মথং চিংনারেংই; মচমচানা মতিকচানা ফিজেৎ লৈতেংবদা ফজরিবা মতৌ; রাশি গুণ অহু উবদা। কুন্তী মিত্তা পিশিন্থহনা হিক হিক কপ্পূনা হায়রকই; ঈমানা লাইরবী লুখ্রা ওইহনা ইচামচাগী মতিক চানা ফিজেৎ খোনবীবা ঙমদবদগী নখোয়গী অশুক ফজবা রাশী গুণবু ঙমথে খংদনা লৈরম্বনী, ধন্যনি পাণ্ডব মচামক নখোইবু ইচা ওইনা ফংজরিবা কুন্তী ঐগু লাইবক কৈ। অম্মুগ্না কুন্তী মমানা কপ্পূনা লৈবহুনা পাণ্ডব মচা খোং থাংদোকপা ঙমত্ৰহনা লৈবনা পুং ৮ তারক্লে। মতৌ অহু উবদা লাইগী দূত মচানা কৌহনা হায়রক্লে, হে পাণ্ডব মচামক হৌজিক পুং ৮ তারক্লে। অশোমদা ঙাইনরমলগনি, খিক্লে রথ তোংলরো। বরুনা থারকপা ঐখোই মচানি, নখোইগী থৌগন অমত্তুং শাক্সিনীদমক, লাকপনি চৎলসি। দেবদূতকী য়া তাবদা কুন্তী কপ্পা তোক্লুনা মচা মচাবু বিদায় পীরে। পাণ্ডব মচা শ্ৰীকৃষ্ণবু স্মরন তৌরগা মচিন্দা মাধব হায়বা নাম ৩ লক শোন্দুনা স্বরগী নিয়ম কায়দনা খোং থাংহনা যাত্রা তৌরক্লে। দেবদূত মচাবু বেব্যাহার তৌদনা রথ তোংখৎলে, দেবদূতনা রথ য়াংনা থৌদনা পুরক্লে। ইন্দিবর চীংখোঙদা পাণ্ডবকি মাইকৈ য়েংহনা লৈরিবা মীয়াম্মা, মচালাকইবত লাপনা উবদা ইন্দ্রমচা লাক্লবোই নিংহনা সোয়ারেন মচা লাক্লে হায়নরকই। ইন্দ্র মচা লাক্লে হায়নরকপা তাবদা অন্ধরাজ পুক্লিং চিংনরক্লহনা বিদুরদা হায়রকই? ইনাওতোন জগত্তা ইন্দ্রদি অমত্তনি। মীয়াম্মা ইন্দ্র মচা লাক্লে হায়নরকইবা? অসি মীগী কুপ্মে মফমদা লাইনা লাকফমমু খোক্কে। ইয়াম্বনা তাবদা পুক্লিংদা ডক্লে নংনা অহুক্তা অরেপ্পা খণ্ডহ্। রাজা অজ্ঞা ফংলবদা বিদুর খোকহুনা য়েংই মচানা নকশিল্লকপদা পাণ্ডব মচাগী গুন্না ইন্দ্রগী মতৌগুম উত্তনা মীয়াম্মা ইন্দ্র মচা লাক্লে হায়নবনি। * বিদুরনা চঙঙকুনা হঙংলি ইন্দ্র মচা নত্তে ইচা মচানি বিদুরগী য়া তাবদা ধৃতরাষ্টনা হায়রকই ধনা ধন্য পুরুপাণ্ডব অশুক ফজখ্রবা ইচামচাবু, ইপন্না মীং তাংলমবনা উবা ফংত্রিবা ঐ অসিধিক খিক তোল্লিদা।

*ব্যাখ্যা|পাণ্ডব মচাগী গুন্না লাপ্পীদৈদা মীয়াম্মা ইন্দ্র ৫ঙমউবসি পাণ্ডব৫ অসি মনুংগী অর্থ য়েংলবদী অমত্তগী মতৌগুম্বনি মরমদি ইন্দ্রগী থরাই ৫না মচিন মনাও ৫ ওইনা পোক্লবনী। মাতুগী মরমদা তুত্তামূনিগী মচা ত্রেতাসুরবু ইন্দ্রনা বজ্রনা থাহনা হাংপগী তুত্তামুনি শাওহনা মচা হাংখিবগী লমন শিংহনা ইন্দ্রবু উং ঙউহনগে হায়বগী যোগশক্তিনা মিৎয়েংদা মৈহৌহনা দেব সভাদা [illegible] মতৌ

অদুনা অঙ্কুরাজ অনুতাপ তৌখি, মীয়ামনা ইন্দ্রবত্তে পাণ্ডব মচানি, মাক্লে হায়নবক্লে। মচাদু কিতোন লৈতত্না মাক্লোই খন্দুনা সুংঙতাইবয়দগী, মচা মাক্লে তাবদা দুর্য্যধন কচিন মমাও চাম খোকখিত্না মচাবু ভাইহনা লৈখি। খুদক অহদা পাণ্ডব মচা থুঙত্নবা রথ খারে, হুত মচাবা হায়রকই ইবুঙ্গো মচা লেংশিল্লো ঐখোয়দি বার্জন কংদবনিকা মপান্দা অস্তুম লৈগে। পাণ্ডব মচা রথদগী কুমথত্না চঙতকই। মতম অদুদা পুং ৮॥০ নিপাল মথাই তারে। দুর্য্যধন যুধিষ্টীরবু খুরুম্মী। যুধিষ্টীরনা দুর্ধাধনবু কোল্লগা হায়রকই ইনাওনা ভাইহনা লৈবিরবা লুংশিদা পাবুং মহারজ, ইবুধৌ, গুরুদেব লেংলক্লবা। দুর্য্যধনা হায়রকই দাদা ইবুংঙেঙা লোইনা য়োয়ক্লে, হৌজিক পুং৮॥০ তারে। ইবুধোগী য়াথং চংবা মচানা পুংশোয়বগা শগাই মথক্তা দত্তি প্রজানা শোইরগা কুম্মে য়েংহন্দবা ইবুধোগী য়াথং কায়বা য়াদবনা ইয়াম্বা ইনাও ৫ দি শগাই কাবা তারে।

ভীমনা হায়রকই দাদাইবুঙেঙা গুরুজনগী য়াথংদি ঐখোয়না ভাকদবনি অদু ইচিম ইনাও চংহনা মরাম অসিমু অমুক্তা খিখিসি। কনাগুম্বা পুং শোইবা য়াওরবমু য়াই দণ্ডী ফংহনসি, দুর্ধাধন হার য়াইমা ফৈ মাহুমক্তি থিগৎলি। ভীমনা হায় য়ামবুং ইচিন ইনাও চামদি পুং কয়াদা সিদা

শুম চঙকলবদা লাই সভা কিংনা কায়হনা চেল্লবদা ইন্দ্রনা যম, হংশিং, অশ্বিনী কুমার, লাই মরিদা থরাই ১মম খাইদোক্লনা হাপ্লগা থরাই অমতনা দেকেপুহনা লৈবে। লাই মরিদা হায় নখোই চেনখরো ঐদি মুনিনা য়েংবদা উংওল্লনি হবে কোম্না মুনিনা শাওবা নেম্মুক্লবা মতমদা নখোইদা থম্মিবা থরাইত্তু হাপচিনবিরগা অমুক নখোইমা হিংহনবীয়ু। হায়না লাইমরি চেনহনখবে ইন্দ্র থরাই অমত্তনা দেকেপুক্তনা লরে। মুনিয়োরক্লনা য়েংবদা মিংয়েঙ্গি মৈনা চাক থেক্লুনা ইন্দ্র উৎ ওইহনা চারে তুস্তা মুনিনা ইন্দ্রগী মহুং ওইরে। মুমিনা ইন্দ্রগী আসনা হৌরবদা হিংচবশিন লাইরেপাক দংখাইরবে লাহয়াম্বা ব্রাহ্মাদা হায়জকবদা ব্রাহ্মানা নারদ থাবক্লনা তুস্তাদা হাখখি তুস্তা নংনা ইন্দ্রবু উৎ ওইহল্লগা লাইরৈপাক চাইথাইহনা ব্রহ্মাগী স্রাস্তুদু ম নবা শনবদি। ব্রাহ্মণ নঙ্গ নখোবা হাজিকমক ইন্দ্রবু হিংহল্লু ব্রহ্মাইপাগী য়াথংনি হায়রবদা কিরক্লনা। তুস্তা মুনি যোগপক্লিন, ইন্দ্রগী থরাই ৫ নোনা শেম্মগা হাপচিল্লুনা উৎ ওইরম্বহ অমুক হিঙ্গংহল্লে। ইন্দ্রবু আসন পিরম্মগা মুনি আশ্রমদা হনখি নারদমু ব্রহ্মলক্লা হনখি। যম হংশিং অশ্বিনীকুমার লাই মরিনা ইন্দ্রগী থরাইত্তু লোখিনবারো হায়বদা। ইন্দ্রন হায় এগী মুনিনা মৌনা থরাই ৫ অমুক হাপচিল্লমম্বা হায়দুনী পা ৬ মুরে ঐ পুবা ডমকরোই অরুম লৈবশমু থমখি। অদুনা কুন্তী মাদ্রীনা লাইশিংবু কৌরগা কর মিবদা ইন্দ্রগী অহেনবা থরাইশিংহু থাগদোক্লুনা বরহাপ্লৌরম্বনা ইন্দ্রগী শক্তিনা পাণ্ডব ৫ ওইবনি। অদুনা মীয়াম্বা লাম্না উৎনা^ ইন্দ্রগী থরাই ৫ ওইব মরম্না দ্রৌপদীনা ৫ পুখম সেবাতৌবদা সতীগী অখোইবী ওইরিবা মরম অসিফমিকতি।

^ ইন্দ্রওইবা উৎ

য়োক্লকপমো। দুর্য্যোধননা হায়রকই যাইমা মামাম্বে ইজাও কর্ণনে, ঐখোই চামাগা লিখোইদি ইবুধৌগী য়াথং কিক্কবনা ওস্তানা পুং ৭ তা থুডহন্না হান্না ডাইহুনা, কৈচ্ছরবনি। ভীমনা হায়রকই হরি হরি হরি ইবুধৌনা. পুং ৮ চপ চানা থুদ্দবনি হায়রগা।

অশ্বোমননী য়াথং খওইদহুনা পুং ৭ তা থুওচরে হায়বসি উসিংমন্দে। মামাগা কর্ণগদি ঐখোইগী মশুংনিনা, কুম্মৈ য়েংহন্দবস্থ হুংওাইত্রে শগাই মথক্তা লেম্না য়েওওশনু; অর্জ্জুন শগাই ১০২ থুনা পানখৎলু। শগাই মশিং থর হাপ্পে মীয়ামস্থু শগাই শাবা থরা পাংবিযু হায়না ভীমনা লাওরকই। ভীমগী য়া তাবদা দুর্য্যোধনবু হুংশিদবা মীয়াম অমু, এ ইবুঙেওাইমা ঐখোই পাংজগে হায়রগা চওওক্লুমা শগাই চামগা নিথোই পানথৎনরে। দুর্য্যোধনা হায়রকই ভীমসেননা ঐখোই ওম্না লাকপবু করিগী শগাইদা কারুনি। ভীমনা হায় ঐখোইদি পুংখাইদনি সোইবদা, নাখোয়গীনা পুং অমা শোইরে। পুংখাই সোইবনি শগাইদা হুংখিল তংথায়দমক ফৌবগা, হুংখিল তংথায়দা ইন্দ্রিবরগী কুম্মৈ শাম্নহুনা, যুবরাজ পদবী লৌগনি। দাদাখোয় চামানা হুংখিল চুপপা ফৌহুনা য়াওবা য়াদহুনা, যুবরাজ পদবী ফওওরোয়। ঐনা হায়জরিবসি মসাগী অজাবী বিচারনি, দাদাখোয় কুম্মৈ য়াওদবা তারেদো হুংডায়বেদা।

দুর্য্যোধন্না হায় ভীম নঙিহুদি চক্রিনি, অত্ত ওইয়বদি মডা নখোই কুম্মৈ যাওহল্লরোই, ঐখোই চামানা কুম্মৈ শাম্নরগনি ভীমনা হায়রকই কদাইদগী চামা য়াওহল্লোই, মডা ঐখোইনা শাম্নবগনি. দুর্য্যোধন্না মডা য়াওহল্লোই অমুক হায়রকপদা, ভীমনা চামা য়াওহল্লোই যাওহল্লোই অনিরক হল্লিল্লি। ভীম অনিবক হনখরে হায়হুনা. দুর্য্যোধনস্থু মডা য়াহল্লোই অনিরক হল্লি, ভীমনা অমুক চামা য়াওহল্লোই অহুমলক হল্লিল্লি। চিনাশনি ভীমনা হেনবনিনা চিন্দাম্নবা ওমমকত্রহুনা য়াওনি য়াওনি হায়না ইরোই ভীমনা মপুং দুর্য্যোধন্না নপচবগুম তারে। ইকাইমরক্লুনা চামা মডা নাকপাক তানহুনা লাওনবক্লে, ভাবকস্থু নাপাক তানহুনা মডান চুমই, চামনা চুমই, হায়বা লাওনরক্লে। খুংলাই পোক্লদবদা থাইরে মৈ হৌনগুম থৎমরক্লে। লাওনরকইবত্ত শবদা ধৃতরাষ্ট্রনা বিদুরদা হওওকই? কয়িনো ইনাওশান মীয়াম লাওনবকইবা অসে। বীরনা হায়রকই য়াম্বুং মহারাজবু, দুর্য্যোধন্না মডা কুম্মৈ যাওহল্লোই হায়রক-বদগী, ভীম দুর্য্যোধন থৎনবদগী ভাবক নাকপাক তানথরে।

অন্ধরাজনা হায়রকই মন্ত্রি ভাবক খামজিল্লু, ভীম দুর্য্যোধন কাহুনা পুশিল্লকউ, লমহেলমল্লি ঐ বিচার তৌরগা, অরানব অমা দণ্ডি পিগে। নিংথৌগী য়াথং ফওওবদা, মন্ত্রি থোকথিহুনা অকনবা বিচার তৌবগা, অরানব অমা দণ্ডি পিগে। ভীম দুর্য্যোধন দাদা য়াহায়না লাওরকই, ভাবক হল্লিল্লু বাম্নদণ্ডি ফংনববা। কবগী থৎনরিবনো। ভীম দুর্য্যোধন দাদা মহারাজগী য়াথংমি, থিল্লে চাসি হায়বগা খুদাং তাপ তাপ ফাবগা পুশিল্লকুনা যাম্বুং মহারাজা পুশিল্লরক্লে হায়না হল্লংলি। ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রকই ভীম দুর্য্যোধন নবচানি, থৎনবগী জবান চুম্না থুম্মু অরানবা অমু, ওসিলি দণ্ডি পীগে ওঙনি ভীমনা থুকমহুনা হায়রকই, পাবুংহল মহারাজা দাদা ইবুঙেওাগী জবান হায়না লৌবিথো? ঐগী জবান কোম্না হল্লংচগে। অন্ধরাজানা হায়রকই দুর্য্যোধন, কবি মরমগী নচিন

নমাও থংনরিবনো ? হায়য়ু। দুর্য্যধন্না হায়রকই পাবুং ওরাং ইবুধোনা পাবুংনা তাবিখিবদা, পুং ৮ থুদনবনি ভাবক্না থেঙতক্লগা কুশৈ য়েংহন্নবা। চামা মডাগী মহুংদগী পুং মোইরক্লবদি, শগাই মথক্তা দণ্ডী কুশৈ য়াওহন্দবা অসিনিদনা পাবুং, মানি দুর্য্যধন পাবুং মাসি ওসি চংনরোইগ্রা। ধৃতরাষ্ট্রনা হায় দুর্য্যাধন নবুধোগী য়াথং কাইদনা চৎনগদবনি, পাবুং মহারাজা মডানা য়োরকপনি পুং ৮ মথাই থরে। ইবুধোগী য়াথং ডাকসি হায়রুবদা। ভীমনা নিডাই চাওহুনা অহু ওয়রবদি চামা নথোই কুশৈ য়াওহল্লোই, মডা ঐথোয়না কুশৈ শান্নি হায়রিবনি। মরম অসিদগী থংনবিবনি অচুম অরান বিচার তৌবিয়ু। ঐগী জগান লোইজরে। অন্ধরাজানা হায়রকই বৃকোদর নয়াবনা হায়রিবসি চুমরা ? ভীমনা হায়রি[illegible] দুর্য্যাধনগী পাবুং মহারাজ, ওরাং তাবিখিবা য়াথংদা ওত্তানা থুংহুনা ডাইনসি হায়বদি তাকপা-খিদমাল্লে। পুং ৮ দা চপ চানা থুংনসি পুং শোইরবদি ভাবক্না কুশৈ য়েংহন্দবা। চামা মডাদগী সোইরকপা অহুনা কুশৈ য়াওহন্দবা। অসিনিদনা অজ্ঞা। মানি য়াইমা কনা কনা শোইবা য়াওরে, পাবুং মহারাজ ঐথোইনা য়োরকপদা পুং ৮ মথাই তারগ্নে পুংখাই অমা শোইরে।

দাদা ইবুঙোনা অরানবা লোইনা খিগংসি হায়না তাকপীবা মতুংইন্না ঐনা হংজবদা মাঙাপা কর্ণগা ইচিন ইনাও চামদি, পুং অমা চথংতুনা পুং ৭ তা থুংলগা ডাইহুনা লৈ হায়রে। অহু ওইরবদি ঐথোয়না সোইবদি পুংখাই অমতনি, অদোম্না পুং অমা সোইরে হায়রুবনা দাদা ইবুঙোনা, মিচং কল্লি হারবগী মতাগুম। মডা য়াকথোইবু য়াওহল্লোই, ঐথোই চামাদনা কুশৈ শানগনি হায়রি, মরম অসিদগী নিডাই তৌনরিবনি অজ্ঞা, কনানা চুমগে বিচার তৌবিয়ু। ধৃতরাষ্ট্রনা হায়রকই দুর্য্যধন নংমু পুং ৭ তা থুডিঙ হায়রুব্রা ? হায়রুরে পাবুং। মডডাইদা দুর্য্যাধন ঐথোই পুল্লপ লাকমিরবদাই পুং ৮ দা থুংবা ঐথোয়নি করিগী ৭ তা থুডিঙ হায়রুরিবা ? নপং পংহুনা নংনা লাঙ্গবনি। ভীম নথোয় অসোয়বা ডাঙ্গা ডায়রে, মাম্নরবনিনা চামা মডা পুল্লপ কুশৈ হৌরসি, নঙ্গি নঙ্গি নকমদা ফম্মুরো হায়রকলে। দুর্য্যাধন অহু ভীমনা ওমখিবা অহুদা, কদায়দা য়েংলগা মডাবু য়াওহন্দবা য়াগ-দগে থল্লকপদা ? পাণ্ডবনা শেংলিবা রাজবেশ অদুদা য়েংলগে নিংলে।

দুর্য্যাধননা হায়রকই পাবুং মহারাজা, পুং সোয়বগীদি য়াজরে মডানা শেংলিবা রাজবেশ অসি যাইরকপনি মডাবু কুশৈ য়াওহন্দনা শগাইদা কৌবিয়ু। মডাগী য়াকমহু তাবদা ভীমরোমদা লাংথোক্লকই মহুথোনা রাজবেশগী বিচার বসি তৌবিয়ু ? ঐদি উদ্রবনিনা থংজরে। ভীষ্মনা ভীম দুর্য্যাধন [illegible] ? দুর্য্যাধননা পাণ্ডব মডানা শেংলকইবা,'রাজবেশ অসি যাইরকপনি ইবুধোগী য়াথং কাইদনা দণ্ড তৌবিয়ু, ভীষ্মনা হায়রকই ভীম ঐনা হায়দোকখ্রবা য়াথংদি কাইবা য়াদে নথোয়গী ফিজোল অসিবু ইগুদি মহোশা লৈবা উদে, যাইরকপরা শেংনা হায়য়ু। ইবুধো নঙ হুজংচগে ঐথোয়বু পোকপিবা হপানা জ্ঞান লৈবা ওয়বদগী, ঐনা. কনা পৈরমহুনমু ইয়াখনা ইচা মীচা থায়হুনা তুংদা ঐগী ইচা মডাগী ফিজোল থোনবীক্রবদা মমায়বদগী পিদোক্লরগনি থংহুনা থমথা সোইয়োয়দবা লাইরৈপাক বরুন ইপাগীদা থবীরমহুনা, ঐনা ওরাং হুমিদাং চংহুনা লৌজরুবা আতরি

ভীষ্ম খোংনাং অছু ককউ। লোইহনগনু হায়রগা মিংনা শিগুম নমদুনা ককউরু, নগুশিঙ্গি বিদ্যা য়েংশি হায়না ইঙ্গিং তৌরকই। ভীষ্ম দ্রোনগী ইঙ্গিত খঙডুনা, লিরি চিংনা মগুশিঙ্গি মগুম হাপ্নগুম তৌরম্মগে খন্দুনা, তেঞ্জিন্দা নিয়ম তৌরক্লে। লিরি নাকোঙ ফংনা চিংলগা খোংনাং ভমদুনা তেন্দু থারে, তেন্দু বৈ হোৎনা পাইশিনখ্রগা য়েৌরমদাইদা, খৈদোকখিহনা খোংনাঙ্গি মচেৎ অমা লোইদংলগা! টৈ হোৎনা তোকখি। ভীষ্ম খোংনাং ককপা ভমদবগী মওংদা লু পুত্নুনা হঞ্জিনখি, মীয়ামনা হায়মৈ পুংয়াম পাল্লমলবদি কল্লযগনি, সন্ধান থজিক লোইখিমাল্লে।

বিদ্যা লৈবা কাংবুনা ভীষ্মবু থাগৎনখি, ভীষ্মগী বিদ্যা উবদা দ্রোন মুওথোইরজনা হৌগৎপগা লাউবকই। মীয়াম তারো ওসিগী কুইম্ম অসি, কৌরব পাণ্ডব ইচা চামা মন্ডাগী, মরনাই কুইশেনি। অজুন দ্রোন মাকীদি ইচা শঙ্গান ভাকুনি; ঐনা খোংনাং অসি কল্লগা পিনিংবা ইচা অমাদা মনা প্রায় ২ ছ পিগে, অশোক নন্দন মাদবা তৌগদু। অঙ্করাজনা হায়রকই ফনি গুরুদেব লাইবক য়েংবিয়ু, দ্রোন লিরুং লিরি চল্লগা টঙ্কার তৌহনা তেন্দোংদগী তেন শংলগা, তেঞ্জিন্দা নিয়ম তৌখরে। লিরি নাইন ফংনা চিংলগা খোংনাং ভমদুনা, হ্ঁঙ্কার শব্দগা লোয়ননা তেন্দু থারে। তেল্লা মৈবা পাইবগুম ভংদুনা পাইশিনখ্রগা। খোংনাং য়োগদবা লম অনিরোম রাংলিন্ডৈদা, মরাদা মুংশিন্দুনা মৈ:হোরগা ককহন্দনা তোকখরে। দ্রোন ইকাইবগী মতৌ ওইনা হজিনখি, মীয়ামনা খন্নে দ্রোন অহল ওইরদুনা পাদল হল্লমাল্লে, ককপা ভমদ্রেদে। খরখি।

বিদ্যা লৈবশিংনা তুংদা ককপা ভবা মচা মগুগী, মগুণ হাপপীগে তৌরব অহনশিংনি, হায়বা থংনখি। অহনী তুংদা ভীষ্ম যুধিষ্ঠিরবু হৌগৎলো, খোংনাং ককপা ভমত্রা য়েংঙুরো? হায়রক্লে। যুধিষ্টীর গুরুজন ভক্তি তৌরগা চঙখিহনা, লিরুং লিরি চল্লগা টঙ্কার তৌহনা! তেন্দোংদগী বজ্রবান ১ লোথোকই। তেঞ্জিন্দা মন্ত্র শোল্লগা খোংনাং ভন্না নিশান থাহনা, লিরি নাইন য়োনা চিংলগা, কৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা থারে। তেন্দু পাইশিনখিহনা খোংনাংদা থাই, মৈহোৎনা তোক্লে ককপা ভমখিদে, যুধিষ্টীর হঞ্জিনখিহনা দুর্য্যধন্দা, ইনাও অমুক য়েংঙুরো হায়রগা ফমগ্রে। দুর্য্যধন হৌগৎখিহনা লেংবান্দগী লিরুং থারগা, লিরি চন্দুনা টঙ্কার তৌই তেন্দোংদগী তেন শিংজং শাবা অমা সঙ্গতোল্লগা। মন্ত্র শোল্লি। খোংনাং ভমদুনা সন্ধান থারগা থাচিন্দুনা কাপপী, খোংনাংদা থাই মৈ হোৎনা তোকই, ককপা ভমত্রে। মথরাই গুওথাইতনা হঞ্জিনখি, য়াইমা নঙ্গি লেং খোক্লে য়েংঙুরো? হায়রকই। ভীমনা অর্জ্জুনগা হায় ধনঞ্জয় হাক্লা কল্লকম্নিহৌ চাওবসি কাম্নদবনি, ইচিন ইনাওগী খুবাক্তা ভাবা লোইত্রবনি, ইনাওশিং মমুক চাবা লোইনা য়েংহনখো? ঐখোই কোয়া কোয়া হোংনসি। অর্জ্জুনমনা ফনি দাদা য়াইমা হায়রগা, দুশাসন্দা হায় ইনাওনা নখোই মথং মথং নরাইবক য়েংঙু, ইরাখা কোল্লগে। অর্জ্জুনগী য়া ভায়বদা দুশাসন হৌগৎতুনা, খোংনাং ককে হোংনবদা ভমখিদরে। মথং মথং মচিন মনাও চামা মরাইবক য়েংবদা ভমখিদরে, মীয়ায়া ভীমার্জ্জুন হৌগৎলো হায়না লাওরক্লে। ভীমা হায়রকই অর্জ্জুন নং হৌগৎলো, খোংনাং মচা অসিবু ইরাখা হৌগৎপুত্রবনু, নং হেক ককবগুনুলো

চিঙহুনা ইয়াম্বা হেক থুগাইরগে। অর্জ্জুননা কনি দাদা য়াইমা হায়রগা হৌগৎতুনা চঙখ্রে; ওইবী লেংবান্দগী গ্রোন গুরুনা পীবা বিজয় ধন্ন লৌহুনা লিরি চল্লে। লিরি শিংলি তকায় ভৌই, তেন্দোংদগী শটুকী শোয় লৌই, থোংনাং অসি কৃষ্ণগী শক্তি চিঙিঙ সিহল্লরোই ? মফম হোংদোক্লুনা থারগে থন্দুনা তেঞ্জিন্দা মন্ত্র পোল্লগা নিয়ম তৌখ্রে।

লিরিদা তেঞ্জা থোংহুনা শ্রীকৃষ্ণবু স্মরণ তৌরগা ; লিরি নাকোং ফংনা চিঙঙগা থোংনাং তমহুনা থারে। তেন অহনা ঙঙহুনা পাইখৎপ্রগা হায়থরক্লুনা থোংনাং অহু লেমফু য়োনা লৈপাক্তা পোয়ননা ফুকখরে। অর্জ্জুন বাউঅস্ত্র কাপতুনা থোংনাং অহু যমুনা থোংবান তাম্না পুখি শটুকি স্মরনা কাঞ্চ্ন চপচানা তৌরগা। বাউ অস্ত্রনা ময়োম কাইহন্দনা থাজিনখি। মথোং লৈবাক গুজিন্দুনা লৈমুং থোল্লগা য়াই তৈশিল্লমই। হল্লক্লুনা অর্জ্জুনগী তেন্দোংদা তেন অনিহু চঙখী। অর্জ্জুনগী বিদ্যা উবদা অভিয়াদা কুম্মে য়েংলিবা লাইয়ামনা; থাগৎনহুনা লৈনা নোং চুবগুনচাইথরক্লে। অর্জ্জুন হঞ্জিল্লক্লুনা নিংথৌ খুরমই, গুরুবু খুরুম্মগা মবুধৌবু খুরুমই। তাঞ্জা অহুদা দুর্যাধন থোংনাং কক্পগী গ্রাম অনি লৌখ্রবসু, চীং থুগাইরগা গ্রাম ৩ মনা লৌহৌরগা। যুবরাজ মুন্দুনা ওইগে থনবদগী গদা পাইহুনা চিঙ তমনা প্রপ প্রপ চংখি, অহু উবদা ভীম্মনা লাক্টরকই।

ভাইখো দুর্য্যাধন ময়াম্বা যুধিষ্ঠিরনা হাম্না য়েংগদবনি, অহুগা নিয়মশু ভাকৃখিগে চিঙ কাইনবনি হায়হুনা পংযৈদা য়ৈবা য়ায়োই, মাইকৈ ৪ দা অমুকমুক য়ৈক্লরগা, চৌঙয়াংদা অমুক য়ৈগদবনা চৈফু ৫রক্তা থুগাইশদবনি। কাইরে মরাইবক কাইদ্রে মরাইবক, ৫রক্তগী হেম্না য়ৈবা য়ায়োই ; চিঙ থুগাইবগী নিয়মনি। ময়াম্বগী বিদায় লৌদনা মনাও ওইবনা হাম্না চংবা য়ারোই, ভীম্মগী বাহায় ভাবদা দুর্য্যাধন লেপ্তুনা যুধিষ্টীবগী মাইকৈদা য়েঙঙকই। দুর্য্যাধনগী মতৌ উবদা যুধিষ্টীর হায়রকই, দুর্য্যাধন ইনাও লাইবক য়েঙঙ্রো ইয়াম্বদি য়েঙঙরোই ? অসুগ্না লাম্ভোকখ্রে। দুর্য্যাধন মশক্তা মতৌগা ফীকমগা গুজা য়েপখৎলগা গদা অচোবন্থ লেংবান্দা হায়গৎলক্লুনা চিঙয়াং তমনা হাই গৎখিবহু, চরাম্নববা নোংশাগী মতৌগুম্মী। মীয়ান্না য়েংবদা চিঙ থুগাইবা ওম্বা য়াই হায়মা থম্নখি দুর্য্যাধন চিঙয়াঙ য়োনা কাখৎখরে। মাইকৈ ৪ মক্তা ফিকম তানা তানা লেপলগা খুহুম চেৎনা পান্নরহুনা ৫রক য়ৈক্লরে, অদুগা চিঙয়াংদা অমুক য়ৈবদা ইন্দিবর থ্রুক ২ নিকই ! মহুংদা চিঙ অহু মপুম খিংলি। মরাইবক লৈতবনা কাঙ্গহনবা মক্তি ঙমখিদরে দুর্য্যাধন মথবাই মুঙাইতনা থাচিক্লুনা। মমাই মকশিন্না হঞ্জিনখি। দুর্য্যাধন মাগী কমফমদা ফম্মগা; য়াইমা ভীম নং অমুক য়েঙঙ্রো হায়রকই ভীম্না ইনাওশা দুশাসন নথোই নরাইঁবক য়েঙঙ্খো, ইয়াখদি নথোকনা কেকফুবদা পোম্না লোইরগা ইবা য়াদনা কোম্না থুগায়রগে। দুশাসন্না দাদাযাইমা ঐখোইদি ঙমগনি নিংলে তোকসরগে দাদা য়াইমা লেংশিনবিরো। ভীম্মনা হায় দুশাসন ইনাওদি, ফনা অ্যান তারেনা। ঐনা মথুগাইরনি হায়বগী মতাঙম, নংহৌররোইদবগী মওংদা চংখ্রগা ঙমদি ঙমদনা মাই ভাংলগা থোকদকপহু ইকাইবিংখ্রেদ ইনাওশা অর্জ্জুন্না দাদায়াইমা ইনাওশিং তোক্লগে হায়রমালে লেংশিনবিবা য়ারনি, ভীম্মনা থনঞ্জয় পান্না মরূপ অমা তল্লকউ।

অর্জ্জুন থবকসিদি অহানবা থক পান্মুন্থ, পোলোয় ফরগা লোয়রেদো নংহৌরোয়দবগুম থিল্লুরেদো ? মরায়বক লৈতবনিংবা কাইহৌদবে। চীং অসি মমুংদদি মপুম থিংপা লোয়রবনি, ঈয়াম্বনা থেগুদুবদা মিংথাইজরগদবনি। অহৃব্ যুবরাজ ওইগদবসি মীনা কল্লকদবসিনা ইয়াম্বদি করাবু পামজদে তভাইকদবনিনা ওইবদি তারেদো, থরাই মুণ্ডাইতবা মীদি, য়াওগদৌরিদা। ভীমগী রা তাবদা দুর্য্যাধন ভংহনা হায়রকই, ভীম অসরাইদা বেঙ বেঙ ভাংগনু তানিংদে এ দাদা ইবুঙেগো ভানিংঙোই ভানিংঙোই, কাইদাদবু হায়রিবা ভীম মল্লবেশ ধারন তৌরগা, কৌমুদকী সোম গদা লেংবান্দা হাইগতুনা চরাম্নরবা নোংশাগুম চঙ্খ্রে। মীয়ামনা ভীমবু মিৎকম হোংদনা য়েংনখি ভীম ইন্দ্রগিরি লাইবক কৎলগা চীংয়াং তন্না হায়গংলি কৃষ্ণবু শ্মরন তৌই হে ভগবান, ননাইবু থৌজানবীহুন পিতৃসত অমুক্তা ফংহনবীয়ু ? হায়না থুরুমজখি। ভীম গদা খুহুম চেৎনা পাইরগা আথালি প্যাথালি থা অরাং নোংপোক নোংচুপ চোংহুনা, তম তম ১রক থিনবদা চিঙদোন্দগীনা চিঙথোঙ ফাওবা মগুং ৪ তানা শেগাক শেগাক কাইথরে। ভীম চিংয়াংদা অমুক য়ৈবদা চিঙকাইহুনা, মাইকৈ ৪দা লৈপাক নিংথাইরক্লে; ভীম মল হৈবমিনা লোংনা হুল্লকপদা চিথোংদা চপলেপ্তুনা ছাখি। কুম্মৈ য়েঙভীব। অতিয়াগী লাইনা, ভীমগী মথক্তা লৈ চাইথখি, মীয়াম পুন্নমকনা থাগৎনরকই।

ভীম অন্ধরাজ দ্রোন কৃপ বাহ্লিক সোমদত্ত, ভীষ্ম, বিদুর, যুধিষ্ঠীব, ব্রহ্ম সভা, মথং মথং থুরুম্মী। অহুগী তুংদা ভীষ্মনা ভীম, অর্জ্জুনবু কোৗশনখি, মচিন মনাও মদুথোগী মাংদা থুংলোয়হুনা থুকউ খুদক কুন্দুনা লৈজে। ভীষ্মনা ভীমগ গ্রাম ৩ অর্জ্জুনদা গ্রাম ২ মনা পীরে, যুবরাজদি ভীম নংনা এইগত্রা হংই ? ভীমনা ইবুথো ঐগী যবরাজ শরুক্তি দাদাইবুডো যুধিষ্ঠিরদা কথোক্লে ইয়াম্বদা হাপ্লীয়ু। অর্জ্জুন নঙ্গিদি ইবুথৌ নগুগী শককগু কথোকচরে। ঈপ শরুবা ঈয়াম্বা অহন্দা যুবরাজ হাপ্লীযু। ভীষ্ম পেন্ন ।। মগু ২বু চেংনা কোল্লগা, লাইবক্তা হন্না হন্না চুপখি, যুধিষ্ঠির মীয়াম্যাংদা আসন থাহুনা ফমহল্লগা লৈ পরেং হুতুনা ভীষ্মনা হস্তিনাগী যুবরাজ হাপ্লীথরে। পুংশেং যন্ত্র কংামরুম য়ৈরক খোঙভকপগী ধ্বনিনা পুম্নিন নিনখ্রে। প্রজা মীয়াম পাণ্ডবকী জয়ধ্বনি লাওনখি। হস্তিনা মীয়াম ময়ুমদা হন্নরকহ, ধৃতরাষ্ট্র পাত্র মন্ত্রী অহল্লমন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব একাদশ অক্ষৌহিনী লোইননা মাগী মাগী মফমদা হজিল্লকখি। পাণ্ডব মঙা মহুমে য়ৌরকুনা মমাগী চরন্দা দণ্ডবদ তৌহুনা থুরুমজখি, কুন্তিনা মচামভাবু মথং মথং কোল্লগা পাওহখি। মচা ৫ না পাও পুম্নমক লোইনা তমজরক্লে, মচা মভানা পিতৃ সত ফংজরে হায়বা তাবদা কুন্তী মুংভাইবগী সমুদ্রদা লুপচরে কুন্তী সন্ধ্যাগী নাম সোনবা লোইরহুনা চাক থোংলে, কৃষ্ণদা লুককংগে মচা ৫গা বৈষ্ণবী প্রসাদ ফংবা লোইরহুনা মাগী মাগী শয্যাদা, পোথানরে। নোঙালে ওন্না চাবা থকপা লোইরহুনা পাণ্ডব মঙা দরবার কারক্লে; অন্ধরাজবু থুরুম্নগা গুরুজন ব্রাহ্মণ সভা থুকমহুনা মাগী মাগী কম কমদা কমজরে।

ধৃতরাষ্ট্রনা যুধিষ্টীরদা হায়রকই, যুবরাজ ওসি মথৈ ঈপম্না সাশনগী ভার পুম্নমক শিন্নরবনি। প্রজাগী মুঙভারনবা শেমগৎ শাগৎপগী থবক হায়্না পাংথোকউ ? মিংথৌগী য়াথং কংবদগী পাণ্ডব থবক পাইথংপা হৌগ্রে। মতম কুইনা মপু লৈতবগুম লৈরম্লবা, ইন্দ্রপ্রস্ত মাকুণ্ডী মাকুণ্ড বারনাবত গ্রাম ৫বু অম্নাং অপা য়েংহনা প্রজাগী নিংবা থুংনবা শেমগৎখি। ধনুর্ব্বিদ্যা পাম্বনা অর্জ্জুনদা ওঝা ওইহনা তমনয়ে; মল্ল পাম্বা গদা পাম্বা কাংবুনা ভীমদা তয়ৈ, ধর্ম্ম শাস্ত্র ভক্তি মার্গ পাম্বশিংনা যুধিষ্ঠীরদা খয়ে। ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অতিথীগী সেবা মচিন মনাওশিংনা লাম্লপ পুনৈ। ভীম অর্জ্জুন অনিগী গুণা য়েন্নবা মরু লুকই, হিংসা লৈমদে, হয়ান চিন্থী দাকু লৈহন্দে, ধর্ম্মদা মাই ওনসিল্লি গুরুজনগী সেবাদা থম্নাই য়াওনা হোৎনৈ, লাইরবশিংদা পিনৈ ব্রাহ্মণশিংবু দাম্না পেনহল্লি; লৈবাক য়ায়েন চুম্না শাসন তৌরকপনা নোংজু ময়ংশা চুম্মী। মহৈ মবোং চুম্মী চাকহোংই, লল চাওথংলি অনা অয়েক লৈতে, হস্তিনা মুংওাই য়াইফনা পাল্লে। হস্তিনাগী প্রজানা পাণ্ডব ৫গী গুণবু ভত্তনা শোম্নকই, যজ্ঞ তৌবনা লাইয়াম থৈবিকপু পেলহল্লি।

পিণ্ডদান্না পিতৃলকপু পেলহল্লি, তীর্থ স্নান তৌবনা বিষয়গী পাপপু শেংদোকই, সাধুসঙ্গনা পুক্নিংদা কৃষ্ণ ভক্তিগী অপাম্বা পোকহল্লি। সত্তা ওাকপা ইত্রি থুম্নম চলবনা, মশাগী মগুন ওইহল্লি অসিগুম্না যুধিষ্ঠীরনা যুবরাজ ওইবা পাণ্ডব ৫গী চরিত্র অসিবু পুকনিং চংনা তাজবদা, মীওইবগী অরা-অনা কোকই লল চওথংলি য়েন্নবা মাংই পুন্যগী মশক্লি। মাসিবু শ্রীব্যাস দেবনা লেংবীরমলবা আদি পর্ব্বগী মহাভারতকী য়ারীবু (পৌরানীক পরিষদনা) তাকপিবা য়াথং মতুংইন্না সেবা পাজবদগী শ্রীহরিগী মনা পাংত্রবা শ্রীচাওবা সিংহ ঐনা মীতৈ ঈমা লোন্দা ইজবগী অরানবা দোষ থৈবিক ওাকপিগনি ইগি॥ সাহিত্য সেবা পামজবদগী অধ্যায় অসি শ্রী চাওবা সিংহ ঐনা ওমজবা সেবা কচ্চবনী। হরিবোল হরিবোল। হরিবোল। মতাংসিদা শ্রীঅথোকপম চাওবা সিংহ কথাবাচক পণ্ডিতকী শরুক শাইজয়ে। ইতি। হায়বিবসি ওঝাশিং সাহিত্য সেবা পাম্নীরম্বা সর্গতী ওইখ্রবা করাগী মণিপুর পৌরাণিক পরিষদনা সেবা কচ্চবনি।

মণিপুর পৌরানিক পবিষদ ইস্কাপনা চহি ২০০ শুয়রুবা ৺শ্রী শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজ সনা হাজক্তগী ৺শ্রী জিউরাম শর্ম্ম পণ্ডিতনা হৌদোক্লুমা, পুরাণগী মত কাইদনা য়ারীগী শৈরেং শেমদুনা শ্রীশ্রী গোবিন্দজীগী থাগদা তৌজবদগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা লৈবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবনা শ্রবন তৌনবকই। মসিবু ওঝা পণ্ডিতকী পরম্পরান মথং মথং শন্দোরকতুনা মণিপুরদা হৌজিক ফাওবা য়ারী তানরি। মসিবু পরিষদনা পুরা করাগী মত থিগংচ্ছতুনা নোনা তমথংলকইবা য়ারী শাস্ত্রগী মতেং ওইনব। অতগা য়ারীগী পুরানগী স্রোত কায়দনা ঈমালোন্দা ফনম্নসি হায়না ওঝাশিংনা লেপনবীরনা মহাভারত আদি পর্ব্বগী য়ারীবা শরুক ফোংবা অধ্যায় মতাং অসিদা লোইজরে। মথা অসি মথং মথং ফোংজরকনী [illegible] পরিষদনা শ্রীমহাভাবত পুরাণবু; বৈষ্ণব সমাজবু বন্দনা তৌজরি।